# PHIREP

a Manipuri Novel authored by Kshetri Bira, Published by Kshetri Ongbi Nalini Devi.



# ফিরেপ


অইবা : ক্ষেত্রি বীর

অফোঙবী : ক্ষেত্রিময়ুম ওংবী নলিনী দেবী
ককচিং সুমাং লৈকাই, মণিপুর।

অহানবা থোঙবা : ডিসেম্বর ১৪, ২০০২ ইং

লাইরিক মশীং : ৬৫০ (চাতরুক যাঙ্খৈ)

কম্প্যুটর তাইপসেত্তিং : নোরেন্দ্রো অমসুং কৃষ্ণদাস

নম্ফম : পাইওনিয়র ওফসেট প্রিন্টর্স, ককচিং,
মণিপুর।

মমল : লুপা ১৩০ (চামা কুন্থ্রা)

লুচিংবা,

তুংইনখিবা তায়াই,

মীয়াম্না খঙবীখিদ্রবা অথৌবশিং,

নখোায় পূম্নমক্কী খুয়াখাদা

কৎচরি লৈরাং

' ফিরেপ '।

# ঐশ্ঙোন্দগী ৱাহৈ অনীদং

ক্ষেত্রি বীর মণিপুরী উপন্যাসকারশিংগী মরক্তা শীংথানীংঙাই ওইরক্লিবা অইবা অমনি হায়বদা হায়মন্না থোক্ত্রবা অইবা অমনি। অইবগী মগুনদি মহাক্কী পোত্থোক্লা লেপ্লি। ক্ষেত্রি বীরগী হান্না পুথোকখ্রবা উপন্যাস " লোৎলুবা চিঠি" অমদি "হিংলম্বনি ঐ মাগীদমক" হায়বসিনা অইববু অইবা অমনি হায়বসি প্রমান তৌখ্রবনি অমসুং পাবা য়াবা, অপাবশিংগী পুক্লীং চিংশিনবা ঙম্বা অমদি সাহিত্যগী ওইবা মগুন নীংথিনা য়াওবা উপন্যাস ঙাক্তনি।

অইবা অসিগী অহুমশুবা খুদোন ওইরিবা "ফিরেপ" মণিপুরী উপন্যাসকী লমদা শীংথানীংঙাই ওইবা পোৎশক অমা ওইগনি। শাজৌ, থাবল্লে অমসুং মখোয় অনীগী মচানীপা থোইবগী পুন্সিগী থৌদোকশিংদা মপূং ওইনা শাগৎপা ৱারীনি। অনীশুবা লানজাউগী চৈথেং, লৈত-লাইরগী অৱাবা, লাইর-ইনাকখুনবগী খেন্নবা, চীংমী-তম্মীগী নুংশিনবগী মরী, মীওইবা সমাজগী সেবা, শেন অমদি শক্তিগী ময়াইনা রাজনীতি তৌবশিংনা মরী-মতা, মমা-মচা মশক খঙলক্তবা, পেন্দবগী লালহৌ, শক্তাক্তবা গুরু (নেতা ইরাবত) গী লমজিং মখাদা হৌখিবা ঈহৌনচিংবা কয়া অসিনা মপূং ওইবা ৱারীদা তেংবাংশিন্দুনা উপন্যাসকী ফজবা অমদি মপূং ফাবা ৱারী ঈচেন অমা শাগৎনবা হোৎনৈ। উপন্যাসসিগী ৱারীগী ঈচেন কমপ্লেক্স ওই, অদুবু মপূংদি ফায়। ৱারীগী অরোইবদা থোইবনা লৌখিবা ফিরেপকী অচুম-চুমদা অইবনা অপাবশিংগী মাঙদা থম্মি। অদুনা উপন্যাস অসি অপাবশিংনা মমুৎ তানা পাবগী মথৌ তাই।

ৱারী লীবা হৈব, ৱাহৈ-ৱাতা নুংঙাইবা, অপাবশিংবু পুদুনা চৎপা ঙম্বনা উপন্যাস অসি খর চাউজরবসু অপাবশিংদা পাবা হৌরুরবদি মখা তানা পানীংবা পোকহনগনি। অইবগী মরমদমগী ওইবা চৎনবী লোন্দা-পুদানা মণিপুরী সাহিত্যগী লোনগৈ পাকথোক চাউথোকপদসু

মতেং পাংগনি। মমাঙগী উপন্যাস অনীদগীদি হন্দক্কী অসিদনা মরমদমগী ওইবা লোন্দা-পুদা শীজিন্নবদা মওং তাবা হেল্লি।

হায়নীংবা অমতংদি – অইবনা লাইরিক অসিবু মাঙজৌননা ঐবু পাবা ফংহনবিবা অসিগী নুংঙাইজবদুনি । মণিপুরী সাহিত্যদা খোঙজেন তপ্লপ তারবা উপন্যাসকী ঈচেন্দা মতেং পাংনবা পুথোরক্লিবা ক্ষেত্রি বীরগী উপন্যাস অসি ঐখোয় পূম্নমক্না পাসি; অইববু পুক্লীং থৌগৎসি অমসুং উপন্যাসসিগী অফ-ফত্ত, ফজবা-অথীবা পুকচেন শেংনা নৈনসি।

ইম্ফাল ,　　　　　　　　　　**প্রো. আই এস কাঙজম**

দিসেম্বর ১, ২০০২

# ৱারোল খরদং

খোঙনেৎফম ফত্তবা ইরৈবাক মচাশিংনা হিংননবগীদমক অয়ূক নুমিদাং চরা-অনী তানবদা থেংনরিবা নোংলৈ-নুংশিৎ কল্লি। ঈরৈসিদা উংলিবা মীনা পামজবা শিন্থা অমা লান্নুবা লুই। ইশামক্তি কাইনথংসিদা, ঈশ্বরগী থৌজান্দগী,তাঞ্জা অমা ফংজদুনা,অশাংবা ৱারী ইবা হৌজে। অহুমশুবা থৌরাঙদা ৱাখল লম্ফাংলকপগা ইং কুমজা ২০০২, ফেব্রুৱারী ২২ অমসুং ২৩ গী নুংথিল অনী চুপ্পা জৌপী চীংদোন্দা অঙৈংবা নুংশিৎ য়ান্না ঐ সুম ফল্লম্মী; বেলোট বোক্সকী মমলদা তাংজরিবা প্রিসাইদিং ওফিসার ঐখোয় নিপালবু হিলিকোপ্তরনা লৌরবা ঙাইবগী খোঙফম্মি। নোংথক লম্বীবুসু থৎনবা অৱাংবা চীংদোনশিংদা লুমদুনা লৈনখ্রে হায়বা পাউদগী নীংসু মাঙসু লাংদা তারবা তম্বা ঙমদ্রবা লাইবক্কীদমক ঐখোয় ৱাদবা শারবসু মায়থোংনদি য়াদ্রে। থৱায় খূবাক্তা হাপ্তুনা পাঙথোক্লখিবা মীখলনা মীয়ামগী করি কান্নবা পুরকখ্রে খল্লুরগা হেন্না হেন্না খোয়শাওনরবা মকুপশিংদু লৈতানা উদে। লাংতক্লবা ফাথনবা উপায় থিবদা তাম্না-তাম্না য়েংলুরগা তোয়না উখ্রবসু কিয়াম্পোক অমসুং অঙ্গোচীংগী খা থং শরুক্তুনা ইনৌ নৌনা চোংথোকরক্তুনা ঐবু ফনা নীংথিনা লাকশিনখ্রে। পুক্লীং-শাদোংথক্তা তোংদুনা শুমহৎনা ফজরবা চীংশু উমং, মৌবী নাপোম, লৌবুক-লমহাং অমদি পাৎ-তুরেল শিন্নুংনা কোইপাই পাইরম্বদগী মিৎয়েং ৱাংমদা লৈখ্রবা অৱাংথংবা শরুক্তসু ঐ ঙাইহাক য়ৌরুরে। লম্মিৎলোন তমদ্রিঙৈদগী নিংথি তুরেল মিং তাবদা মদুবু অদুক য়াম্না উনিংখিবগী মরম ময়েক শেংলক্লি, অদুগা ইং কুমজা ১৯৬৯ হৌরকপদা ঐনা অঙাওবগী খোঙচৎতা অচৌবা তুরেল অদুগী অরূবা ঈচেন্দা মিৎলু লাইজ ঈতিলহল্লুবগী থৌদোক্তুসু নৌহল্লক্লি। মীকুপ অমগী তুংদা ঐ হেলিপেডতা হল্লক্লে। ঐগী থম্মোয়নুংদা মতম কুইনা পোমদুনা লৈরক্লবা নীংশিং-থম্বাল কল্পনাগী ঈপাক্তা লৈশাৎ তম্নিংবগী ৱাকৎ লাক্লে। ওইরক্লিবা খুন্নাইসিগী মওং অমদি মাঙগী থৌদোক খরনা য়ানশিন্নরবা লৈবূংদা য়ূম্ফম ওইরবা ৱাখলগী অশাংবা ৱারীসিগী পরীং থাজখি।

ইং কুমজা ১৯৪৮ সেপ্তেম্বর থায়াইদা ঐগী অনীশুবা ইয়াম্বা, তয়াই থম্বৌ, মশাগী চহী কুনমাথোই শুরকপদা যূমদগী মফম খঙদনা মাঙখি। চহী অনীরোমগী তুংদা ইরাবতকা লোয়ননা কবো তম্পাক্তা লৈরে, খূৎলাই পায়খ্রে হায়বনচিংপা পাউ লাকখি, অদুবু ইমুংগী মীশিংনা ফোংনা থিরুবদি ঙম্লখিদে। মথং চহী, ১৯৫১ গী লৌরোক পান্থাদা মহাক নিংথি কৌবা খুল অমদা বর্মা সিফাইশিংগা খূৎথোক্লবদা লৈখিদ্রে হায়বা পাউ থুংলবদা ইমুংগী মী পূম্নমক ওন্না থোইনা কপ্লখি। মচা নুংশিবগী মৈ কনখিবনা পাবুং মথন্তা চেঙ মেরুক অহুম য়োম্লগা নিংথি পাংখিরম্মী। পাবুংগী মিং কুন্দ্র কৌই, চহী ১৬ শুবা মতমদগী লাংফৈ চৎপা হৌখি; বর্মাগী লমখৈ লান্না থাইলেণ্ড, ভিয়েটনাম অমদি চিনগী মফম কয়াসু য়ৌরুরবা মীশক্নি। তায়াই থিবগী খোঙচৎ অসিদা থা তরেৎ হল্লকখিদবা পাবুংগী মরমদা অৱাবা পাউ য়াম্না লাকখি; খরনা র্বমা সিফাইশংনা ফাখ্রে হায়, খরনা য়েবোনা। নিপালশুবা থাদা পাবুং ইথা থাজদনা থুংলরে, তায়াই শিখ্রে তল্লবদা ইমুং হুপ্না কপ্লে, অদুবু মমিৎমক্লা উহৌই হায়বা পাউদমদি য়াওরকখিদে। চিংনবা কয়াগী মরক্তা, য়াম্না নীংঙমদনা, অহল লমনশিংগী পাউতাক্তগী তায়াইগী শ্রাদ্ধ শোনখিরম্মী। থা অহুমগী তুংদা তায়াই মনিৱা জেলদা লৈহৌরে হায়বা য়াম্না থাজনিঙাই ওইবা অনৌবা পাউ অমমুক লাক্লে। তংদাংবা খঙনিংবনা পাবুং মনিৱা চৎনবা শেম শারে। হন্দক্তি রাবৈ অমসুং য়াইমা, মরী-মতা অনীগা লোয়ননা ইয়াম্বা অহল কুল্লচন্দ্রসু তায়াইগী খোঙ্গুল লীবা য়াওখিরম্মী।

মনিৱা চৎখিবা নুপা মরি হল্লকখিদবা চহী অমা ফাজিল্লকখ্রে, মখোয়গী পাউদি লেপ্তুনা লাক্লম্মী। মখোয় মন্দলে জেল য়ৌখ্রে হায়নরকপদগী ইমুংগী মীশিং য়াম্না ৱানখি। অদুবু য়াওশঙ মৈথাবা নুমিৎকী অহিংদা, ইঙক ঙকহনবগুম, পাবুংখোয় থুংলরে। খোঙচৎ অনীসিদা মনিৱা,মন্দলে,ভামোনচিংবা মৈতৈ তাবা সহর কয়াদা পাবুংখোয় তায়াই থিরুই ; খম্বাৎতগী থমাতে ফাওবদা নিংথি তুরেল মরিল অমদি কবো তম্পাক্কী খুঙ্গং হুম্ফুরোমদগী হৈ-শিংনা পাউ লৌখি। মফম অয়াম্বদা চীনখুম মান্নে – ‘ ইরাবতকা তত্তনা লোয়নবা থম্বৌ হায়বা ৱাং-চাউবা নহাদুসু শিখ্রে।’ ফিভম অসিদা তায়াইগী মরি মখোঙ হংলুবা খুদিং ইরাবতকী খোঙ্গুল

লীবগা অমহা ওইরে। অরোন-অথুপ্না থনবা খোঙচৎ অদুদা পাবুংখোয়না য়াম্না ঙল্লা থোকখিবা ব্রাফম অমদি ইরাবতকী মোংফম তোঙান তোঙানবা খুঙ্গং অহুমদা লৈরম্বদুনি হায়।

অসুম্না, থৌদোক খরদা য়ূম্ফম ওইরগা শাগৎচখিবা ব্রাখলগী অশাংবা ব্রারী অসি ইজবা মতমদা মণিপুরী সাহিত্যা কাঙলুপ কয়াগী অপূনবা লন্নি হায়না ঐ কন্না খঞ্জখি।

লাইরিক অসি ফোংনবা হোৎনজবদা পুক্লিং থৌগৎপীরকপা মরুপ মপাংশিং, থোইদোক হেন্দোক্লা অচৌবা থৌদাং য়াবীখিবা পাইওনিয়র ওফসেত প্রিন্টর্সকী মপু শ্রী ক্ষেত্রি সুরজীৎ সিংহ অমদি মহাক্কী স্তাফ, খ্বায় পূম্নমক্কী মফমদা শিংঙম্লরোইদবা লমন তোনশিঞ্জরে।

ক্ষেত্রি বীর

## প্রুফকী অশোয়বদগী য়েৎশিন্নরবা বানান

| য়েৎশিন্নরবা | ওইহঞ্জনিংবা |
| --- | --- |
| অয়ুক/অয়ূক | অয়ূক |
| ইশৈ/ঈশৈ | ইশৈ |
| খোইরাংবা/খোয়রাংবা | খোয়রাংবা |
| থৌরাং/ থৌরাঙ | থৌরাঙ |
| নিনি/নীনি | নীনি |
| নিংবা/নীংবা | নীংবা |
| পুং/পূং | পূং |
| লৈরাই/লৈরায় | লৈরায় |
| য়ুম/য়ূম | য়ূম |
| লুপা/লূপা | লূপা |

অসিনচিংবা

# ১

শাজৌনা খুলগী অহল-লমনশিংদা খুরুমজরুবদা নুংশিবীরকখি। মদুমক্না মীরোল অহুম থংথরক্লবা লৌফম চাউথোক্লবা হোৎনবদা তাইনবা অহাঙবা লমখৈদা মহাক মনীং তম্না নীলজবা ঙম্লি। মমাঙ চহী অনীদা কোকখিবা চাং য়ৌনবা মহাক কুমসিসু লাং-হারু ফুক্লকপা থা মরি মপূং ফারক্লে, মঙোন্দা শজিবুগী নুংশাগা থেংনরে হায়বগী অকিবা লৈতে, নুমিৎ নীনি শুনা অতোপ্পা থবক্তা খক কাইথোকখিদবনি। নোংচুপ অমসুং অৱাংথংবা শরুক্তি চীংখোঙগা থেংনখ্রে, নীলথোকফম লৈত্রে। ফিভম অদু য়ৌনবা মহাক নোংপোকলোমদসু কন্না তকখৎলকখি। খা-ৱাংদা শরেং মতূপ শানা হিপ্লা, ঈচা মান্নবা লৈহাও চেনবা পরী অনীগী লৌফমসি য়েংবদা তশেংনা কল্লক্লফম ওই, অদুগা য়ূম্বানজবদা থাবল্লেগীদি আশা কয়াগী তুঙনফম্লি। ইমুং-মনুংগী অকনবা থবক খুদিংমক্তা শরুক য়ারকখিবী, থাবল্লে লৌ নীলবসিদসু মপুরোইবগী মতেং পাংনিংবনা নমদা অঙাং পোখৎতুনা তুং হেক্তা ইল্লকই, লাক্কনু হায়বা খক য়াদে। ঙসিসু ওলাংথাগী নুমিৎনা কোকথক্তা লৈবা মতম, মৈ হৌনা শারবা নুংশাদা নমগী অঙাং থেমদুনা মহাক হারু-হামন খোমজিনবা লেপত্রি। থবক্তি তান্নবগুম শূনরবসু অমনা অমবু ৱাহন্নিংদবনা মখোয় অনী তোয়না য়েংনৈ। য়োৎখোক্তা শৌরগা ঙাইহাক স্বর ফাথরিবা শাজৌনা মমা-মচাগী মতৌ উবদা নুংঙাইজদে।

"থাবল্লে,নঙ ৱামল্লে, অঙাংদুসু তূম্নিংলমাল্লে, শুম্বীরুখোদনা।"

" ঐবুদি লাইরিয়ে, নঙবু লাকপদগী পোথাবা উদে।"

" অঙাংদু হুমাংনা লূপ্লে, চৎলো শঙদা, ঐসু লাক্লগে।"

কন্না তকশিনবদা শাজৌ থাবল্লেবু য়েংদুনা লৈরে।

অৱাংথংবা চীংখোঙদা হৌবা অচৌবা উযূঙ পাম্বী অমগী মরুম থুপ্না শাবা লৌশঙ তম্না থাবল্লে মমায়দা চেন্থরকপা হুমাং ফিজিনা তৈথোক তৈথোক্তুনা কাখৎখি। ফক্লাং খাদবা খাংপোক শঙগী ইবু নুংশিৎনা তত্তনা লক্লবীবনা ইচাই চাইরে। থাবল্লেনা শঙনুং লৈমায়দা ফি অমা থাদুনা অঙাং শুম্নবা তপ্না হিপথরকপগা শাজৌ য়ৌশিল্লক্তুনা মনাক্তা ফল্লে, খোল্লাং থক্লিবা মচাদা য়াম্না নুংশিনা নাল্লগা শুম্বীবা য়াওরে। চেপ্না য়াতাবিবী থোৎ নৌরিবী অঙাং মমাগী চেংলবা খ্বাংদগী লোইরোই ৱাংখৎখিবা স্নচীংদা ঙাথদুনা নুংশিৎনা চাইখাইরবা শম্লাংনা কুপ্লিবা তঙাং-তঙাংলবা মায়থোংদা খান্বা নংহৌদবগুম মখূৎনা নাল্লুবগীদমক মহাক মীচৈ তায়।

" মপান্দা ফম্লুচো।" থাবল্লেনা খংলপ য়েংখৎলকপনি।

" হুমাই হুম্বীগেনে।" শাজৌ মরৌ লৈনা পঙশিন্নদুনা নোক্লম্মী।

মমা-মচাগী ইকাই-খুম্নবদা শাজৌ মপান থোরক্তুনা য়েনখাগী উরুমদা ফল্লে, অদুবু মিৎফমদি থাবল্লেদা থম্মি। মহাক্কী হোংদবা মিৎয়েংদা মচা শুম্লিবীদুনা অমুকসু শোল্লপ চৈ।

" হোয়নে, ঐসিবু খক উজরমখিরোইনে ?"

" সুম হেনগৎলকপা ফজবনা ঙসিতা ইনৌ নৌনা থেংনবগুম থোকহল্লে, নীংথিবী নঙগী শক্তমসি ঐগী চীনসিনা শৈথানবা মরোল ফাদ্রি, কনা কবিদগীবু পূরুসিগে ।"

" হোয়দা, অদুঙৈগী নীংথিবী অমা নিংশিংলকপদগী থৈজিল্লকপদু ঐনদি খক খঙলোইদো।" ৱারোল খঙদনা ঙক্তক য়েংলিবা নুপাদা থাবল্লেনা অঙাংগুম লক্লে, "ঙাওজখিবনা হৌজিক ফাওবা কাউঙমদ্রবনিনে?"

" কনাবু কাউদ্রিবা?" শাজৌগী ৱাহং নুংদদি শাংলিবনি।

" লাইরিক তম্বা চৎখ্রগা ওন্ননা হৈরকখিবদু, কাউশিন্নদুনা কান্নরোইয়ে।"

" ইস, কনানা হায়রিবা?" শাজৌ মমিৎ খংশিং শিংগৎলি।

" ইনেম্বোক্লা শিৎ শিৎনা তম্লন্নবনি, ঐনা হায়দোকপীদবগী ৱানিদা ইবুংঙো।"

"ঐগী মরমদা ? ঐনা করি তৌখ্রদনা ?"

" নোংজু অমম্বা অহিংদা ইম্ফালদগী মাইল য়াঙ্খে চেল্লকখিবদু ; ..... তশ !"

শাজৌ মরাল য়াজরবা অঙাংগুম ইকাইখাঙদা নোকখি। হুরপ মোমোন তৌখিবীদু য়েংলগা ঈচং খর থৌগৎলকপগুম মহাক থৌদোক অমা থৌনা নিংশিংলুরগা খোইরুম্ননা য়েংলকই।

" কদোমদগী হৌদোক্লক্লিবনো কাল চাদনা?"

" নঙোন্দগী। ৱারীদুদুম তাবীগে লীয়ুসে।"

" তাখ্রে হায়বদাইনে, ঐদি কাউখ্রবদা।"

" নিংশিংবা থুনবা ঐ হৌদোকপীগে, ওজাগী মমোম শকহেনবী অমদা ঙাওশিল্লুবদা .....।" কোয়রাওনবী মিৎস্না অনী লোন্না নোকখিবী থাবল্লেনা ৱারীগী লংজীন ফনা শাংনা চিংথোরক্লে।

" অস ! পলহৈদবনিদা।"

" ৱারীদু ঐঙোন্দা লোৎলবদি নশাদু মাংজরি য়াজৌ।"

" মদু নুংশিনবা কৌদে, ঐগী পঙজবরোমদা চনফম থোকই।"

" তৌঙম্বনিদি হায়নিংদ্রিবা ?" থাবল্লে তূমখ্রবা মচাদগী খজিক্তং হন্দোক্লগা হাঙনা ঈপোম চাউনা য়াওল্লি। " লীরো, নঙগী পোত্থা-ৱারী ওইনজৌ হায়বীবনিদা।"

লাংলক্তগী থোবক্তুনা পাইবা তল্লিবা উরোক নম্পুরা মচা অমনা অৱাংবা লৌরীদগী ওন্থবা মুন্না য়েংলুবদা ইকাইবা খব শিন্নখ্রবগুম শাজৌ নৈশিল্লকই।

" অদুক নাতে চাদবা থৌদোকপু।"

" তৌঙম্বদু কনানো, নুপারা নুপীরা য়েংলসি, হৌরো।"

শাজৌ পান্দম য়াওদনা অরাপ্পদা য়েংলগা হায়, "নৈশাবীদু ঐঙোন্দগী য়ামদ্রবদা চহী তরুক্তি হনগনি।"

" নুংশিনবদা চহী থিনদবনি।"

" অদু নত্তেদা," শাজৌ মশা লানখিদে হায়বা শেংদোক্লবা হোৎনরকই, " মমা-মপাগী খূৎচাবা বর য়েংলিঙৈদা চহী কুন লানখৎখিবনি। অচৌবা য়ামাঙ অনীদু নৎলমদ্রবদি কুচু পানবী, চূং-ফিরাল

চাবী লৈশাবীদু মশক ফজদে হায়বদি য়ারোই।"

" হোয়নে, ফজবদগী অদুম হৌরোনে।"

" নুমিৎতু ঐ অয়ূক ঙন্তা য়ূমদগী হাইগৎলকপনি। কৈথেল অঙনবগী মতম অদুব্রাইদা ইম্ফাল য়ৌরকখি। থোঙ্গান্দগী চঙলকপা ঐবু উরগা য়ূম্বু ইমাসীনা লাউরকই, — 'শাজৌ নঙগী কোকথক্কীদু শউন মাল্লি। ঙাইখো, মদুগী মনুংদা য়াওবা পোৎ পূম্নমক খোংবান্দা চামথোরক্কদবনি। শউন্দু শঙ্গোয় কাচিন্দা থম্মু, অদুগা নফি-নরোল পূম্নমক তূমথোক্লগা নশাসু শেংনা লুজথোকউ।'

ইমাসীগী তমথীবা মতৌ তোয়না উখ্রে, ঐ মহাকপু কিদবা ঙমদে । উতোং শানা ফজনা কোল্লবা শউনগী মনুংদা ঙাকিট্রৌ অকংবা লাইতং অমা হাপ্লগা ওজা পীজনবা পুজরকপনি। উতোং মনীংগী ফি শত্তুনা ঙাকিট্রৌ পূম্বা ঈশিংদা হৈথরম্লগা ঐ শউন মকোন্দু শঙ্গোয় কাচিন্দা থম্লুই, তুংদা ইমাসীনা হায়খিবা অমত্তা হিক্তোক্তনা য়ূমদা চঙলকখি। অব্রাং শঙ্গোয়দা খাজিন্দুনা শেম্না ঐগী কাদা অকংবা ফি হোংদোক্লগা মতম থিরুদনা হিপফমদা কাখৎলে, ব্রামনখিবনা তূমথবসু থুখি।

ওজানা মপান্দা লাইওক্লরবগুম লাউরকপদুনা ঐবু মীকপ থোকহল্লম্মী।

' করিনো অঙাংশা ! ঐখোয় মমাঙ খোংবানসি মতৌ অমনি। অচৎ-অওক ময়াম য়েংনরি, ঙাকিট্রৌ অকংবনা থন্না তাওরে।'

' হো অদুবু করিনো ! শোয়রে, শোয়রে !' ইমুংদগী ইমাসীনা লাউরকই, 'শাজৌনা হৈথরম্বা তারে।'

' হা ! মানদি করম্না?'

' মা হৌজিক্তা থুংলবনি। মখোয় পাবুংনা চেনবীখিবা শউন মকোন্দু মানা পুরকই,কাচিন্দা লৈরিবসিনি। মসিগী মনুংদা য়াওবা পোৎ মখৈ খোংবান্দা চামথোক্লগা চঙলকউ, ঐনা হেক হায়রুরে ;ওন্থোকপনিদা অপঙবসি। হৌজিকপু খুনগৎপা য়াররোইদ্রা ?'

' তোকচরেদনা, ইপোপ পোপ্লবনি।'

' পোপ্লবসু মহাওদি মাঙখিরোইনা।'

ওজানা কৌরক্ত্রিঙৈদা ঐ কিনা কিনা মপান থোক্লুই, চেনশিল্লক্তুনা

মখূৎ নাদা লাম্লকপনা হাল্লি।

‘ মসিগী অপঙবসি।’

‘ এঃ এঃ তৌবীরুরনু, লাল্লিবদি ঐনি।’ ইমাসীনা খাম্লে।

ঐবু থাদোক্লম্লগা অহল অনী মমাঙ খোংবানলোমদা য়াম্না থুনা চৎখ্রে। ঐ মখোয়না হঞ্জিল্লকপদা উনদনবা লোৎনিংলবনি। ৱাখন্দু কান্নখিদে, ওজানা কৌরকপনা হাল্লি।

‘ শাজৌ, মমদ্রিঙৈদা শীং খায়দোকউ। ঐ ঙসি সয়নগী ইশৈ ফাংনবা অমা লৈরে, খর থেঙলক্কনি। ঐনা হল্লক্ত্রিফাওবা লাইরিক পারমগদবনি।’

লাউরম্বা ওজা লেংবান্দা নমথাং অমা য়াল্লগা থোঙ্গাল্লোমদা থোকখিবা উই।

ঐ য়াচংলকপদগী থাউমৈ চুখৎতুনা লাইরিক ঔরাইবা হৌরে। তুলসীবৃংদা থাউমৈ থাল্লম্বী ইচে ঐগী কাগী থোঙদগী মঙক লিৎশিল্লকই, লাইরিক পারিব্রা য়েংলম্বনি। ঙাইহাক লৈরগা ইমাসীনা কৌরকপদগী ঐ অমম্বদুদা মপান থোক্লুই। ইখোল লমহাংপূম্বা তন্দন্না অনীশুবা সোরারেল শেম্লম্মী। দারি ময়া নক্লা থাবা ফক্তা ফল্লিবী ইমাসী অমদি ইচেবু শেংনা উবা ফংদবনা খর নকশিল্লুই, ঙাগী ৱাহৌদা চৈরক্কনি খল্লগা য়াম্নদি হৈনিংখিদে।

‘ করি তাকপীগদবা ইমাসী? ’

‘ শাজৌ, নচেগী মশা-মউসি য়াম্না চিক-তুই হায়রি, মাবু নম্বা-চেকপদা ঐগী খূৎ ইশি শিথরে, নঙ অমুক্তং খর শিল্লোবা।’

‘ ইমাসী, ঐ হৈজদে।’ ঐ লৈথোক্তুনা চৎনবা হোৎনখি।

‘ ঙাইখোনে, অসিবু হৈতবা নাইব্রনে ? ঐ তাক্কে লাও।’

ঐবু ইচেগী মনাক নক্লা ফমহল্লে। ইমাসীনা তাকপীবা মওংদা ইচেগী কোক, ঙক, লেংবান, পাম্বোম, নঙ্গল অমদি খোঙগী শরূক য়ৌনা চেকপা,নম্বা হৌরে, ঐ য়াম্নদি হৈনদে। কুইশিল্লকপদগী খূৎসু ফনা য়াম্না চোক্লে, তোক্লগে হায়নিংলবনি। ইমাসীনা চাক থোংবা চঙখিবগা ঐ হৌগৎলুবনি, অদুবু ইচে য়ানিংলমদ্রি, হায়রকই, ‘ য়াম্না তিংথোক্লিংঙি ইমুংদা চঙসি।’

ঐ হৈনিংদনা ইচেগী তুং ইল্লম্মী। নিঙোল কাগী ফমুংদা মা

হিপথখিবদা ঐ মনাক্তা পাক হেক চঙশিনবা ঙমদবনা ফম্মাঙদা লেপ্তুনা লৈরুই, অদুবু খূৎ লাম্নগা চিংশিন্দুনা ঐবু মনাক্তা ফমহল্লে।

ঙাইহাক্কী তুংদা ঐ তু-মান খ্যাও খ্যাও চুংখি, ফাখ্রবা খূৎ নাম্থোক্লবা হোৎনৈ। অঙম তাল্লকপী, ইকাইবা পক্ত্রবী লৈশাবীদুনা তপ্না হায়রকই, ' করিনো, কাঙ চিক্কনি, মনুংদা কাখৎলকউ।'

য়ানিংদনা খাঙখিবা ঐবু ইচেনা কাঙখল মনুংদা চিংখৎনবা হোৎনবা তাঞ্জামক্তা থোঙ গদ্রং হাংলকই, ওজা চঙলকপনি। লময়াইগী পোদোন মঙান্দা ঐখোয় অনীবু ময়েক শেংনা উখ্রবা ওজা চাকখুল্লোমদা পন্দনা য়ৌখ্রে। ঐ ফুক হৌগৎতুনা মপান্দা চেম্থোরক্লম্মী। কাদগী ফি খর লৌরগা শুক-শুনা মন্নবা অহিংদুদা ওজাখোয়গী য়ূমদগী থোরক্লে, ইকাইবনা চিংদুনা পুরে। লৱায়রোমদা অসুম অসুম লাকই, ইমা-ইপাদা করি তম্লুগনি খনবদা ঐ কিবা শংখিদ্রে।

লাংথবান য়ৌরকপদা হৈথরকপা নোংনা লম্বী থৎলে। নক্লা লৈরম্বা শঙ অমগী য়েনখাদা ঐ হুরানবগুম য়াম্না তোন্না কাঙ মরক্তা নোং হাংবা ঙাইবা তাখি।

অহানবা য়েনখোং তাবদা নোংসু পারক্লে, ঐ চেনবগুম য়াঙনা চৎপা অমুক হৌরম্মী।

য়ূম থুংবগা লম্বীদা শুংখিবা অশেম্বা পাউ ইমা-ইপাদা তমখি। অদুবু শকফম্না তাকখ্রমাল্লে, মখোয় ঐগী ৱাবীদা য়ানিংখিদে। অশেংবা ৱাফমসু খুদক্তা য়ৌরকখি। লঙজরুবা ইরাল অদুমক্লা ঐঙোন্দা ওজাবু অমুক হন্না উনবা ঙম্বগী থৌনা লৈহনখিদ্রে। ওজা থেংনগনি খল্লুবদা ইম্ফাল হাইগৎপা ঙমখিদ্রবনিনা লাইরিক তম্বা তোক্লে।"

" চপ হেক চাবা মহৈনি।" থাবল্লে শুগৎলম্লগা মমায় লৈথোকখি, মখাসু তারকখিদ্রে।

ঙাইহাক তুমিন লৈরুরবা তুংদা শাজৌ ইকাইবা কোকথোক্লনবা থাবল্লেবু কৌরুই, খুম্লক্তে। তূম্বগী নুংশা স্বর চাউনা হোল্লকপদি তায়। চোকথরবীদুনা পোথাখিবদা মহাক নুংঙাইবা ফাওই, ইশৈ ঙংলম্মী।

চীংয়া কোইবা মালংবা
হৈনম লৈনম য়েল্লিবা

চঙলকউ মরূপ ওইনা
কল্লক খম্বন য়াওদনা
নানবীরো ইপারীবু
ব্রারবী ইশানৌবু
শুম্বীয়ু পোথানবা
খোম্লেন তৃমখূল তান্নবা।

খোংলকখিনু শলংকাক
নখোঞ্জেন্না ইয়াক য়াক
থৌরকখিনু উরেম্বী
শেন্দোই চাবী লল্লেবী
হেনবা খোইনীং শৈশকপা
পিথাদোই লৈতাদবা
ঙাইহক্তদি তপথখো
চান্নবীবু তৃমহনখো।

নুংশা লৈমা লোৎখবো
উরুম লৈমা থোরক্লো
পারী মাগী য়েংদুনা
থাগোল্লিবা পল্লেম্না
খঙঙু নখোয় পূম্বনা
করি পাম্মি মখোয়না
তৃমহল্লু ব্রাংলেন ফানা
নুংঙাই মঙলান তান্দুনা।

নোংপোক চীংয়াঙদা পরেং পরেং হৌরিবা উয়ূঙ পাম্বীশিংদা শাজৌ মিৎকী পোথাফম ওইরুই। শাদানবশিংনা অথাপ্পা চীংমায়দা লাও-খোংনরি, হূইয়াম্না গৌ গৌ পূম্লাংনি চীংগোনশিংদা। হানৌ মতোন্দা তোংবা কৌজেং হারিশিংসু ইশৈ তান্নবা খক লেপ্তে। ইশৈগী তাল থারিবা উনাশিংনা মহাকপু শুম্লকপদা থাবল্লেরোমদা ওনশিল্লুই, নুংঙাইনা তৃমখুল তাল্লি। উকক অমগী মথক্তা থম্বা কোকশেৎতা মোন খাঙদুনা পোথারীবী

মশানৌবু য়েংলুরগা শাজৌবু নিংশিংলকপা অমনা লমদম তাম্না পুথোকখ্রে।

— খরূংপাৎ ঙানৈগদৌরি হায়না কৈথেন্দা লাউথোক্লল্লে তাবদা শাজৌনা চৎমিন্ননবা মপাং হৌবা লাকই।

" তা- তোমাল, হাকুম নঙনা খরূংপাৎতগী ফারকখিবা ঙায়ামদু কাউদ্রি, হয়েংসু চৎলুসিদো।"

" নঙবু লোংউপ তানবা হৈগদ্রনে ?" থাজদনা হৌরবদা তোমাল ঙক্তক তৌখিবনি।

" লোংউপ অমুক্তসু পায়রুদ্রি,পাৎতুসু উদ্রি,হৈনবা তশ্বীবা তারেদনা"

" লোংউপ্তি লৈরব্রা? "

" অমা হায়নরল্লে। ঙাইখো তা-তোমাল, ঙা থুরে অমসুং উপ্লে হায়বা করম্না খঙবগে ?"

" হেরা, ইরাই লাইবা ৱানিদা, ওজা চঙদবনি। ঙা উপ্লে হায়বসি খূৎতা হেক ফাওরকই। মচানি নৎত্রগা অচৌবনি হায়বসু অদুম খঙবনি।"

" শরেং অচৌবা ফারবদি মখাদা থৌরী লেংলগা খ্বাংদা য়ান্দুনা পুনৈ হায়বদাই ? "

" মদু নৎত্রবদি উপায় লৈতবা। ফৈ ফৈ, অচৌবা শরেংগী আশাদু থাদোক্কনু। "

মথং নুমিৎ অয়ূক ঙন্তাদা তোমালগা শাজৌগা চাক চাথোক্লে, নুমিদাংৱাই অরাম্বা খাঙনবা তল খর খর য়োম্লদুনা অহলশিংগা লোয়ননা খরূংপাৎ পাংলক্লম্মী। লৈকুৎ-লৈতোং নাইবা লশ্বীদু নাক-য়েৎতগী খিক্লোই য়াঙ্গেন্না কুপশিল্লকপদা ইরোই কাঙ্গোৎ মরম অমদগী হেন্না পাক্তবনি। পাৎ নকশিল্লকপদগী লশ্বী লীখুন নাইখিদ্রে, মপা য়েংদুনা নারক্তা চঙশিন্নৈ। পাৎয়া য়ৌরকপদা মীয়াম হুমাংনা লূপ্নরে।

পাৎকী তোর্বান অকোয়বদা মতেক মতেক ৱানা শম্বল খাদুনা পাৎচাবশিংনা চেকশিন্না পাৎশেল লৌনবা হোৎনৈ। ময়াম্না তৌনবগুম নহা অনীদুসু পাৎচাবদা পৈসা অনী পীখি, লোং পায়বীশিংনা পৈসা অমা পীনবা উই।

ঙমখৈ চাউবা পাৎপু তোমালনা খূদোশ্বী থিন্দুনা, শরূক কয়া

খাইদোক্তুনা শাজৌদা তাকই — পাৎচাউ, পাৎয়াই, পাৎতোন, ঙখাপাৎনচিংবা । তোর্বান অকোয়বদা লেপ্লরিবা মীয়াম য়েংলগা অহানবা ওইনা উরুবা শাজৌদদি কুমহৈগুম থোকপনি । মণিপুর তম্পাক্কী খা থংবা খুঙ্গং পূম্নমক্তগী মী মশীং য়াম্না লাকখিবনা ঙানৈবগী অচৌবা কুমহৈনি হায়ফম থোকই । অশংবা হানৌ, য়েলাং অমদি কোমপ্রেক মরক্তা শজিক চারম্বা ষন, ইরোই অমসুং শগোলশিংনা তাইবং মীয়াম উবদা ইথক থক্কৎনৈ । মখল কয়াগী লমঙানুশিং মিপাই-থাবাইনা লোক্তাক মায়কৈ তম্বদা নোংদোন খেৎনা পাইখৎনৈ । কুমজা খুদিং মতম অসি য়ৌরকপদা অথীবা শক্তমদা ওন্থোকপীরম্মি হায়বগী ওইনবদা খরূংপাৎতি তুমিন লৈরি ।

নোংচুপ মায়কৈরোমদা পাৎশেল য়াম্মল্লি হায়দুনা ঙুং-ঙুং নিন্নরবসু মীয়াম তিনবগী হৌনবীনি খনবা কাঙবুনা পাৎ কূম্নবগী থৌরাঙ লেপ্লদে । শাজৌ তোমালনা তাকপা মতুং ইন্না মফি-মরোল শেম শাই । লেঙজূম ফন্না পারপ ব্রাংবা,কুচু পানবা পাখং অসি হকচাংগী ফিভম য়েংলগা চহী কুনগী মখানি হায়গদবা মী লৈরোই । অশংবগা অঙৌবগা লাংবা খুদৈ অমা খুকউ কূপ্লা শেৎপা, অঙাংবা ফুরিৎ লৌথোক্তুনা হঙ্গামপাল খুদৈ অমগা লোয়ননা কোকশেৎ শেৎপা, মশম তেন্না ককপা পাখংসি মোমোন নোকপগী মায়থোং চেনবনা থেংনবা মী খুদিংমক্লা মঙোন্দা ওনশিন্দুনা ব্রারী শাননিংঙি । মাঙদা লোংউপ থমদুনা মীয়াম লাঙনবা য়েংলম্বদগী মহাক ওইরোমদা পাৎ কূম্নবা শেম-শারিবী লৈশাবী অমা উরুরে, মিৎচানরুবনি । মহাক শ্বাই লাউই । হঞ্জিন হঞ্জিন মিৎচানরবদা মহাক স্বর চনীং তানা হোনখিদ্রে। মতৌ অমনি, মমায়দা হুমাং মরীক মরীক কারক্তুনা থবক মখা কাউশ্রবগুম মহাক মীয়াম্না হায়ন-ঙাঙনবা করিমত্তা তাখিদ্রে । স্বর হেন্না হেন্না কনখৎলকপতা নত্তনা মহাক নুংদসু থক থক নিক্লি ; ইঙাগী কারল লাকপা নোংথাংগুম য়াঙবা মিৎচিগী মশেক্লা পাখংগী পাঙ্গল য়ৈহৎশ্রবদা মশাগী লেপফম কাউশ্রে ।

“ শাজৌ করিদনো য়েংলিবা? নোংচুপলোমগী মীয়াম কূম্নশ্রেসে, লাকও ।” তোমাল মাঙ থাই ।

“ তা-তোমাল !” মিৎঙাওবদু ইখং খংঙি, “এঃ এঃ হোয়নে ময়াম কূম্নরে ।”

খ্বাংদা তুঙ্গোল য়ান্দুনা খ্বায়গী মাঙদা কূমখিবী শকহেনবীদু ঈশিং খুকউ য়ৌবা মফমদগী হেন্দোক্তি। তোমাল লোংউপ জপ জপ য়েদুনা অসুম লাপথোকখ্রবসু শাজৌদি মফম ইরেঙ লেঙদনা নৈশিন্দুনা লৈ। তোয়না লোংউপকী মনুংদা মখূৎ ওৎলিবা মহাক্কী তাৎ লৈশাবীনদি ফাখ্রে, মরমদি লোন্না লোন্না য়েংলকপদু মরোলসু য়াম্না লোল্লিবনি ; মদুগী মথক্তা লোংউপ পায়বা মীরক্তা তিল্লুবগী মহুৎতা নাইতোম তানা খর খর নকশিল্লক্লি। লৈশাবীসু মফম ইরেঙ লেঙদবনা মখোয় অনী মীয়ামদগী তোখাই তারক্লে। তাঞ্জা অদুতা শেন্নরিবা পাখংনা নুপাগী মতৌদা হৌরুই, " কয়া য়াম্না ফাবীরবগে?"

থওইনা তাশিন্নদবী লৈশাবীনা লোয়নরিবী মৌদা হায়, " ইনম্মা, অৱাংলোমদা ময়ামগা নকশিন্নসি।"

য়াম্না থুনা চৎখিবা তারে খল্লুবদা মথ্বায় ৱারবা পাখং হন্দক্তি ইকাইবা ফনা য়াম্না থাদোকখ্রে।

" ঙা য়াম্না ফাবীররিনি ?" শাজৌ খরগসু নকশিন্দুনা হংলুই।

" পাৎ কূম্লকপসি কুইদ্রিবনিকো।" শবী-শনৌ অনীমক্কী মিৎকী মরোল ফাখ্রবী মৌনহা শঙ্গন্দা খুন্নকখি। " মীগী ঙা হংবনা ইশাগী তুঙ্গোল থনবা য়ারোইদা।"

শাজৌ থৌনা হনবা য়াদে মতাগুম ওক্লম্মী," ঐগীদি ঙাশীং য়াম্বা থিজদে, তুঙ্গোল থনবসু পামজদে, লেশ্লে অমখক্তনি তান্নজরিবা, থম্মোয়-লোংউপ্পা উপচনবা।"

" নাম্ভোকচখিনি কন্না ইন্নজৌ।" মৌ তরাইদে।

" অদুবু চন্নফম কান্নফম লৈতবা লেশ্লে ওইরমদুনা নামৎসু মাঙ পাৎশেলসু তিং অরেম্বদা তোকচনি।" চীনবান্দগী হৌরগা মায়থোং শীন্না নোকখিবী লৈশাবীনা শমথরকখি।

মেঙলবা খোঞ্জেল নাকোংদা য়াঙনা পাইশিল্লকপদা মথৌ হাপ্লবা পাখং থৌনা ফুদোকই, " মাবু খক্তং ফাজনিংবনা তান্নবগী অৱাবা লৈজদে, ফংনবা হোৎনবদা নীংহন্নরোই লেপচখ্রে ; হৌখিবা ঙা চাউই হায়বসিমদি লৈয়েঙসিদগী অমুক থোকহঞ্জনিংদ্রে।"

মুন্না তারিবী মৌ নোক্লকখি, " অদু য়ৌরবদি ঙারম ফাওবদি

তাক্লম্লগে — সেকমাই তুরেলগী মথক্তা ব্রাবগাইনা শাবা উরোকথোং ময়া নক্লা অরুবা ঈরেন্দা লেম্লে লোন্না লোৎচবীনি । ঙসিগীদি তান্নবা তোক্লসি ।”

নুপী অনী কঙাওনরিবা পাখংদা অমুক ওনশিল্লমদনা অব্রাংলোমদা লাপথোকখ্রে । ফি মচুগী মতেংনা মখোয়বু মীয়ামদগী খন্দোকপা ঙম্নবা শাজৌ মমিৎ কুপ্তনা য়েংহৌই ।

ঈশিং মনুংদা লৈবনা মীয়াম কালেনগী নুংশা কাউনখিবনি । লৈখোমদা পুৎথবগী চাং ঈশিংগী অরুবগা খেন্নদবনা ময়ামগী খোঙথাং মওং চপ মান্নে, তহা তহানদে । নুমিৎ য়ুংবা মতুংদদি ঙানৈবা হায়বদুমক চপ চানা থোক্লে, ঈশিংগী শক্তম লৈখোম ওনখ্রে । মকোক ঙাওরবা ঙাশিং ঈমায়দা তাওরে । ঙখা, ঙমহাই, ঙাহৌ, ঙাশেপ্পচিংবা অপিকপা ঙাশিংদগী হৌরগা পেঙবা, খাবক্লচিংবনা ঈমায়দা কবোক চাইখাইবগুম পূমঙৌ ঙৌই । মচং ওইবা ঙা খক্তং তান্নখিবদা অপিকপশিংবু থৌশানদে । ঙাগী ঈনিল ঈপোমদগী মীপূম খুদিং লাংতক্লে ; ফৌকৈ অমা কল্লক্তে ঙা তুঙ্গোল অমা মিহৌই । অদুবু, মমাঙথক্তা ফিভম অসি অমুক্তা থেংনখিদ্রিবা শাজৌগী মিহৌবদি কদোমদা,করিনা পুখ্রবা, ঙা ফানিংদ্রবা মহাক্লা করিগী পাৎনৈবা য়াওররিবনো খল্লুরগা মথন্তা ঙকচৈ ।

উরেঙ ফুরিৎ লিৎপী, তনৌরিবীদুগী মায়কৈ য়েংলিঙৈদা শাজৌ লোংউপ তানবগী তাল কায়না চৎলি ; ময়াম্না মঙারক উপ্পদা মহাক্তি অনীরক্তগী হেন্দে। কাউখ্রবগুম তপ্পা থাদরুবা লোংউপ্পা অতনবা ঙা অমা উপ্পুরমাল্লে, থোক থোক নোম্লকপদা মহাক ইখং খংখি । য়াম্না কুইনা নৈনরবা তুংদা মনাক্তা চৎলবা অহল অমনা পাংবীবদগী মহাক থগাইমুক শাংবা শরেং অমা ফারে । মখাদা থৌরী লেংনবা লোংউপ মথক্লোমদা ওনখৎতুনা মহাক কংফান্দা কাখৎলকখি । খ্বাংদা অচৌবা শরেং য়ানবগী নুংঙাইবা খর ফাওরবসু হৈনিংহনবদি ঙমদনা মহাক ঈশিংদা অমুক কূম্লক্লে। ফনা য়াম্না কন্না হোৎনদুনসু মহাক উরেঙ ফুরিৎ লিৎপীদুগী মায়কৈ ফাবদি ঙমখিদ্রে ; মদুনা ঙাগী ব্রাখল হেন্না হেন্না কাউহল্লি। অদুম ওইনমক শাজৌদা তাঞ্জা হন্না হন্না লাকখিবনা পোরোম অমদি খাবক্লা তুঙ্গোল থল্লবদা, মতমচানা তোমালগা হায়নখিবা উনফম তোর্বান তম্না

কাখৎলকখি । মতম ইকান কান্নদনা তোমালসু লূম্লবা তুঙ্গোল থাংদুনা মফমদু য়ৌরকলে । খঙহৌদে মীয়াম পৈরখিবা । শাজৌগী মিৎতি লাঙতক্লরি । তোমাল শাজৌগী খ্বাংদা য়ানবা শরেং অমদি তুঙ্গোলগী ঙায়াম য়েংলগা ঙকখি, শেংনা থাগৎনিংঙি ।+

" সৈত্য, লোংউপ তানবকা হৈরম্লবদি কয়ামুক য়াম্না ফারমগনি ।"

" অসিবুরো? " শাজৌ হরাওবা য়াওদনা নোকই; তোমালগী ঙাগীদমক পুক্লিং চঙলুদে। " ঐখোয়বু হল্লগদ্রা?"

" পেন্দ্রিব্রনে ?"

শাজৌ তোমালনা ঙাঙবা তাদবগুম্মি । অকংবা ফি হোংদোকপা লোইবগা মখোয় অনী অহলশিংগা লোয়ননা য়ূম পাংলক্লে । নুমিৎনা নোংচুপ চীংদোন শোকখ্রবা মতমদুদা মীয়াম চেনবগুম চৎনৈ ; অচৌবা ঙা পুবা মীনা অমম্বা নারক্কী লম্বীদা খুদোংথীবা নংগল্লি কাউনদবনি । —

মীকপ থোরক্লবী থাবল্লেনা খৌদেম্লকপদা শাজৌগী নিংশিং পরীং পৎ তৎলি । চোইজাইনরবা শম্লাং খোমজিন্দুনা থাবল্লে লৈরম্লিবা মফম য়েংলগা ইঙাও ঙাওবগুম হায়রকখি, " কয়াদি নুংঙাইনা তূম্লরবা ।"

" কুইদ্রিবনি, ঙাইহাক পোখ্রাখো ।"

" নুংশাসি কনমল্লি নঙসু ফমখো ।"

" ঐদি অমুক হৌরুরগে "

হৌগৎখিবা শাজৌ থাবল্লেনা খাম্বা য়াদনা কূমথখ্রে ।

কুইরক্তে থাবল্লেসু মপুরোইবগী মনাক নক্লা হাপু পৈশিল্লে । তৌগদবা থবক ময়ামদুগীদমক মহাক মিপাইজে ।

" ঐখোয় নোং লাক্রিঙৈদা ময়ামসি মৈ থাদোকহৌবনা ফরোইদ্রা? নীলথোক্লিবা লমখৈসি কুমসি লৌ পালহৌদবা য়াদবনি ।"

" মপান থাহৌদবদা নোংমৈসু হাওমৈ-হাওমা অদুম শোঙখ্রগনি। য়ূম্লোন-কৈরোন্নবশিংনা অৱালৈবাক্তা শেন্দানবা চৎনখ্রে, ঐদি মদুসু য়াওহৌদ্রে, লৌ নীল্লিবনি হায়দুনা । ফৌ থাহৌদ্রবদি মাঙজগদবসি খন্দুনা য়েংসি ।"

" অসুক য়াম্বা থবকসিবু নথন্তা হোৎনবসি চুমদে, খুলঙ খর থাসি

হায়বসু য়াদেদো ।”

“ নেক্কবা শেলবু লৈব্রনে ? অসুম পাঙ্গলনা ঙম্মবা হোৎনবা মতাবা ।”

থাবল্লে মপুরোইববু হেন্না নুংনাংহন্নবা ব্রাফম হৌদোক্লুরে খল্লুরগা নুংঙাইজদে । নুমিৎ লৈথরক্লবা মতমদুদা কৈথেন্দগী ময়ূম্লোমদা হল্লকপা লাইচীং মরিং নুপা-নুপী ময়ামগী পরেং অমা তময়া লম্বীদা চৎলৈ ।

“ হো ইতাও শাজৌ, ” মরিং নুপা অমনা কৌরকই । “হৌজিক ফাওবা য়ূম কারমদ্রি ? নঙনা লাং ফুকলকপসি মতম কুইরেদা, ব্রাবা হৈতবা মীরো নঙবু ? চহী অহুম মরিসিদা নঙনা নীল্লকপা লমসি য়াল্লে, কুমসিগীদি পোত্থারো, নোংমৈগী অমুক খাক্লসি ।”

“ ইতাও মোদার, নঙনা শূবা থবক্কী তঙ্খাই নত্তেদা ঐগীসি ।” শাজৌ নোকখি ।

“ ইতাও, য়ু খরূং অমা থীৎলু, ঐ খুলঙ পুরক্কে ।”

থাবল্লেনা শাজৌদগী খঙনবা হোৎনৈ, “ য়ু খরূং অমগী মমল কয়ানো?”

“ ঐ ইতাওদা হংগে । ” মতমগী অহোঙবা লৈবনা শাজৌসু খঙনিংলম্বনি।

মতৈ-মনাও ঙাঙনবা তাবদগী মোদ্রার ময়ামদগী লৈথহৌই ।

“ য়ামদেদা, লূপা অমা মখাইতনি ।”

“ খরূং অমদা খুলঙ কয়া লাক্কদবা, ইতাও ?”

“ নুপী য়াওনা কুন্থ্রা লাক্কনি । ”

থাবল্লে কুপ্পা কান্ন-তোংজবা পাবা লোইদুনা শাজৌদা তকশিল্লি, “ লাক্কদবা নুমিৎ লেপ্পখিসি, ফৌ শংবাই অনীনা খুলঙ কুন্থ্রা ফংগদৌরি।”

শাজৌ থব্রায় য়াওনা লাউখি, “ ইতাও খুলঙ হংচিৎমক থারসি, ঙন্না লাকউ, মী য়াম্না পুরকউ । ঐনা লাঙগদবা পোত্থাপোৎসু হায়রম্মু ।”

“ য়ু খরূং পুরকপদা ঐখোয় ইশা ইশাগী চয়োম লোয়নরক্কনি ; মদুদা থুম মোরোক্লচিংবা মরোই-মপাং য়াওরক্কনি ; ইতাওনা উতোং ঙারীদি মরাং কায়না পুরকপা তারে ।”

“ শোয়নবা য়াদ্রে ইতাও ।”

" করিগী শোয়গনি, তেংবাংনবা নুংঙাইবনি ।"

ময়ামদু লাপথোকখ্রবদা শাজৌনা হায়, " মখোয়সি নুংশিখ্রবা মরুপ্নি, ইপা-ইপু হাকথক্তগী ইচিন-ইনাওগুম পানমিন্নরক্লবনি।"

" মনা-মশীঙ, শা-ঙা, অহাও-অথুমদি হায়রমদনা ঙারী ঙাক্তদি করিগীনো ?"

" মোরোক মেৎনবা । মরিংনা মোরোক মেৎপগী মনমদা অরাম্বা ফাওদ্রবা মী লুরে হায়নরিবনি ।"

" করম্বা খূৎমেৎনোনে ?"

" নঙবু অমুক্তসু থেঙনখিদ্রি ? হয়েং উরগা খঙলো । মখোয়না য়াম্না পাম্বদুদা খরসু হেন্না হাওরমগদবোই খল্লি ।"

" পাম্নরিবসি হাওবগীনি ।"

" মরিংগী মোরোক মেৎপগী ৱারী লৈ ।"

" চাবগী ৱারীসিদা লাম্বু লাম্লেদা, ঙসিদি চয়োমসু পুরকখিদ্রে ?"

" অশেংবা ৱারীনি ।" শাজৌ অওই তানা লীরকই, " অৱাং লৈকাইগী অহল অমা কন্না নাবা মতাংনি । নুমিৎ কয়ানিমুক অহলদু ময়াদা চবূম অমা ফাওবা তারকখিদ্রে । অহলগী খুয়া-লুখমদা ফমদুনা সেবা তৌরিবা মচা-মশুশিংনা হংজে, হায়জে – চানিংবা অমত্তংদি হায়বীয়ু, পুক্লিংনা খোয়দাবা পোৎ নিংশিংবীয়ু । হংলুবা খুদিংদা অহল মঙক হাই। মতৌদুদা মচাশিং নুংশা থীনৈ । নোংমদি অহল অদুনা মচা নুপা কৌশিল্লগা হায়রকই – ' লাঙ্গোলগী মরিং ইতাও কৌরু ।' মচানা মরম হংবদা তাকখিদে, য়াম্না থুনা কৌকতমক হায় । মপা নিংবা মচাদুনা অৱাংবা চীং কাদুনা মরিং মপা কৌরুরে । মতাওনা মনাক্তা ফম্লবগা অহলনা হায়রকই – ' ইতাও, নহাক লাকপা য়াম্না নুংঙাইরে । ঐখোয়না অঙাং ওইরিঙৈদা চীংয়াদা ষন শেনবা মতমদা নঙনা মোরোক মেৎলগা খোংনাং উরুমদা চয়োম চামিন্নখিবদু ঐ কাউদ্রি । অদুম হায়না ঙসিসু অমুক্তং মোরোক মেৎলু, ঐখোয় অনী চামিন্নসি । লাঙ্গোল মরিং অহলনা লাতোন অমদা মচন চানা ফদিগোম, চনম, তিলহৌ, লোম্বনচিংবা হাপ্তুনা মোরোক অতেকপগা ঙারীগা মচু তানা মেৎলে । মনম তাবদা হৌগৎলক্লবা অহল অনাবা মরিং মতাওগা ফম্মিন্নদুনা চাক চামিন্নে । নুমিৎ অদুদগী অৱাং

লৈকাইগী অহল নাবা ফখি ।"

" তাসু তাগল্লি ।" থাবল্লে নোক্লম্মী । " থেঙলে কারসিদো। চেঙ লৈহৌদ্রি, ফৌ শুরম্লবা মতম ফংখিদ্রে ।"

ইশৈ শক্তুনা লাইচীং মীয়াম চৎলিবা চীংয়াঙ লম্বীদা নত্তনা নুংশা মঙাল উরক্রবদা থাবল্লে মপুরোইবগী তুংদা নমগী অঙাং থেম থেমদুনা য়ূম কারক্লে।

# ২

শাজৌ অমসুং থাবল্লে হুমাংমল অথুম্বা মহৈ চারদুনা খুয়া তুশিংনা পাঞ্জরে। লৌ পরী অনী মবাক্তগী লোকপা ফৌপোৎ চামরোম্না মখোয়গী অপিকপা ইমুংগীদমক্তদি লেম্না পানা কোন্নে। পোৎয়েং-থৌয়েং, ঙাচেৎ-থুমচেৎ, শেনখাই-থুমখাই খুদিংমক কাইথোকখ্রগা লেমহৌবা ফৌ খর খরসু কুম খুদিং মরূপ-মপাং মরী মতাশিংদা থংজবা ঙম্লবদা মখোয় পেঞ্জরবনি। চহী নিপাল শুরবা মচা থোইবাগী লাইরিক তমহন্নবা থৌরাংদা মখোয় হৌজিক্তি পুক্লিং য়াম্না চঙবা হৌরে, নিম্ন প্রাইমরী পরীক্ষাগীদমক শেম শাহল্লিবনি ; পিক্লিবী তমুবীগী মতাংদদি থোইনা খল্লুদ্রি। মচা নুপাবু কলিকাতাদা লাইরিক তম্বা থাবগী মঙলান্দা তাওনবনা মখোয় থবক শূবগী অৱাবা কাউনৈ । মরক মরক্তা মখোয়গী ৱাখল লাঙহল্লিবা হায়ববু লালগী পাউ মঙায়রে। জপানগী লাল লাক্কদৌরে হায়না নিংফুং নিংফুং ঙাঙনরকপসি মতম কুইরবনি, অদুবু লৈবাক মায়ওন শামু মায়রৈ য়েংদুনা মখোয়সু হিংনবা হোৎনবদা মতারকখি, হেন্না কিরুফমসু থোক্ত্রি । অসুম অসুম কনশিল্লকপা লালগী ইরাং বর্মারোমদগী চেন্থোরকপা মীয়াম্না হেন্না ময়েক শেংহল্লরবদা মখোয় অনীগী মিপাইবা হেনগৎলক্লে। লাঞ্জেল্লকপশিংগী পোৎনেক পুবদা শেল য়াম্না ফংনৈ তারবসু শাজৌ খক চৎখিদে, লৌগী থবক থাদোকপা ঙমখিদবনি ।

নোংমা শাজৌনা লৌবুক্তগী য়ূম কারকপদা পল্লেল পাংখিবা লেংবা সড়ক্তা অচৌবা হৱাগাড়ী চামরোম্ অৱাংলোমদগী পরেং শানা থৌরকপা

উরম্মী। গাড়ীগী মনুংদা নোংমৈ পায়বা সিফাই পিক পিক থন্না তোংলকখি। মহাক লাল শোইররোই খল্লুবনা নুংনাংবা ফাওই । মহাক্না য়ূম য়ৌরকপদা সিফাই থুংলবগী ৱারীনা খুল্লক শিন্থুংনা পূম্নিল নিল্লম্লে ।

মথং নুমিৎতা পল্লেল্লোমদা চৎতুনা য়েংনরুবা মীশিংনা সেকমাই তুরেল মপান অমদি চীংখোঙ চীংয়া অকোয়বদা হৱাগাড়ী পৈখ্রে, সিফাইশিংনা তম্বুর খন্দুনা লৈনরে তম্লে। মায়কৈ অসোমদা বৃটিশকী অচৌবা লান্মী তেঙ্গোল চাইখাইরগনি, জপান্না লান্দরকপা ঙাক্লবনি য়া-য়া নিল্লে। ঙাঙন-হায়নখিবা ৱাফম অশেংবা ওইনা থোক্লরবদা মীয়াম লাঙতক্লে ; মণিপুরগী লৈমায়দা তোঙান তোঙানবা জাতি কাঙলুপকী তেঙ্গোল কয়া থুংলখ্রে । মখোয়গা লোয়নরকপা হৱাগাড়ী মচা, অচৌবা, তেঙ্ক, ত্রেক্তর, বুল দোজর অমদি ইঞ্জিন মখল কয়াগী অয়াকপা খোঞ্জেলনা পূম্নিল নিল্লে । উট, শগোল, খচরনচিংবা মশীং থিঙমদনা মফম খুদিংদা চাইথোক্তুনা থমখ্রবনি । ঈচাওগুম সিফাই মপৈ মপৈ জীরী জীরী লেপ্তুনা হাইগৎলকখি । তশেংনা মণিপুর লালবূং ওইখ্রে।

লালগী ঈরাং হেন্না হেন্না কনখৎলকপগা শাজৌখোয়গী লৈকাই ইমুং চহুম মরিফুগী পন্দুপ অমা য়ূম থাদোক্তুনা চৎখিনবা সরকারগী হুকুম লাক্লে । লাঞ্জেনবা তারবদা শাজৌ থৱায় ৱানা তোমালগীদা চৎতুনা ৱা খন্নরুই। মখোয় অনী খর শাফগদবা লৈকাই অমদা নক্লনা লৈমিন্নরুনবা লেপ্লরে। ঈংনা তপ্পা হিংজরম্বা খুঞ্জাশিং চরাংনবা পুন্সিদা তিনবা হৌরে ।

থংনবা লৈকাই অমদা লৈবা মরী-মতা অমগী ইখোল চুথেক্তা খাংপোক অমা তন্না শাদুনা শাজৌ য়ূম হোংবগী থৌরাং লোইরে, ষন লাবা পাবোৎ অমগা ষনবী চাজেনবী অমগসু লোয়নবা তারি ; য়োনবদা লৈবীনবা কনাসু লৈখিদ্রবনি।

লালগী এরোপ্লেন তাফম অমসুং লম্বী শেম্বগী থবক্তা মীয়াম হুপখ্রে । থোং,শঙ, বেরেক্লচিংবা শাগৎপদা লমদম অসিগী মী পূম্নমক মজদুর শিন্মী ওইনা চৎনখ্রে, মদুনা হিংনবা উপায় ওইনরি । লৌউবদা পুক্লিং চঙনদবনা লৌফম কয়া শিৎনৈ, অদুবু শাজৌদি হৌজিক ফাওবা লৌগী থবক লেপত্রি ।

মরুপ মপাংশিংগী তুং ইন্দুনা শাজৌ মরক অমদি ষনগাড়ীনা

ঠিকাদারশিংগী নুঙ চিংবা য়াওরুই। অখুবা লম্বী অমদা থৈনবদা মহাক্কী ষন নামা সিফাইগী গাড়ীনা থেংলম্বদগী খুদক্তা শিখ্রে, মশাদি শম্মাদা লিৎহৌবনি। ব্রাকৎলুফম লৈতবনা মাঙজবা তাখি । চহীদু অতোপ্পগী ষন নামা শান্দুনা য়াম্মা ব্রানা মহাক লৌ পান্নবদি হোৎনৈ। কুম কাংবদা,খ্বায়না ফৌ লোক্লদ্রবসু ঈশিং ব্রাত্তবা মহাক্কী লৌফমদি ফৌথোক ইতা তাদবনি, য়াখিদ্রে, চহীদুদি তঙ্খাইদা হন্থখ্রে । অদুবু মহাক 'লৌউবগী নোংমৈ' হায়বা ব্রাখন্দু খক থাদোক্তে ।

লালগী চরাঙনবা মরক্তা শাজৌগা থাবল্লেগা লৌগী থবক লেপ্তুনা শূরকপা চহী অহুম হায়রক্লে। চিংজিন্দা থাবল্লেনা হোৎনজখিবগী য়েংলুরগদি ফৌ মতিক চানা লোক্কনি হায়বগী মখোয়দা আশা চাউনা লৈরি । হিয়াঙ্গৈ থাখাই য়ৌরকপদা মহাক্না নোংমা লৌরোকপগী ব্রা হৌদোক্লম্মী ।

" ফৌদু পৌ নম্বগী মতম ওইরম্লগনি ?"

" হয়েংদগী হৌরসিরা খল্লম্লিবনি ।" শাজৌসু লৌগী থৌরাংদা লৈরম্লে । " হাজির থবক লেপ্লগে ।"

" ফৌদি করম তৌবগে ?"

" হাকুমদগীদি ফনা নীংথিনা ফৌথোক হেনগনি ।"

" খাওবা য়াওনবা মী খর হায়নহৌসি, ঐখোয় অনীতনা হোৎনবা ঙম্লোই। মবুংসিনা নুপা মচাগী হৌনবী অঙাংগা লৈমিন্নৌ হায়বা খক য়াখিদ্রবনি । লাইরিক তম্লুবা হল্লকপগা হেক্তা মাঙখিবা, মা শেন্নবদসু অব্রা হারবনি ঐসি ।"

"হোয়নে, মসিগী অঙাংসি মখোঙ ওন্থোক্লা য়াওমনখ্রেদা, হৌজিকপু কদাইদা চৎখ্রিবনো ?"

"এরোদ্রোমদা গোরাশিংনা বোল শান্নবা য়েংবা চৎলমগনি, ঙরাংসু থেঙনা হল্লকই ।"

" খঙদ্রেদা, ঐখোয়না থব্রায় ব্রারি, মখোয়না লালসি কুমহৈগুম খল্লি। "

মমা-মপা অনী চপ চানা ব্রারকসি খন্নদুনা থোইবা হঞ্জিল্লকপা ঙাইরম্মী । য়াচংবদা য়াম্মা কিনা চঙলকখিবা থোইবা মপানা ঙাঙবা-চৈবদা

তুমিন তাখি ।

লানকোম মনুংদা ব্রাচেৎনা ফোপ হাদুনা শেন্বা হিপফমদা শাজৌগী ইমুং পূং ফানা তূন্নক্তবা অহিং মশীং য়াম্লে । মখোয় ঙসিনা হেন্না তূমশিনবা য়াদে, থাবল্লেদি মিপাইবনা মমিৎ ফাওবা উইশিনবা ঙমদ্রি । অনকপা অমসুং অথাপ্পা মফমশিংদা নিল-খোংবা খক নেমখিদ্রে, মরম খঙনিংবনা শাজৌ অমম্বদা মপান থোরকই । লম্বী সড়ক্তা অতৎ-অথম লৈতনা হৱাগাড়ী চেল্লি। পূল্লপ পূল্লপ চৎপা সিফাইশিংগী বুট মখোলসু অহিংগী মতমদদি হৌনা তারে । মখা অমসুং নোংপোক চীংদোনশিংদা নোংথাং কুপ্পগুম পূমলং পূমলং লংনা উই, নোংমৈ কন্না কাপ্লরে । জপান য়ৌশিল্লক্লে খঙনরকপদা কম্পনি পূম্নমক মিপাইনবগী লাঙনবা ওইরম্লে। শাজৌ লানকোমদা অমুক চঙলক্কুনা মচা অনী শঙলিবী থাবল্লেদা নুংশা থীদনবা ৱারী শারৈ।

নোংঙাল্লকপদা খুঞ্জা পূম্নমক খোইরেল মশা পান্নে, অহিংদা সিফাইশিংনা লাঙনবদগী তাখিদে । অহলশিংগী পাউজেল লাক্লে— ‘ জপান সিফাইশিং মণিপুরগী অকোয়বা চীংলোন য়ৌরক্লে, লাল হেন্না কনশিল্লক্লগনি, মীচম প্রজা ৱাগদৌরি, লৌ লোকথোক্লবা হোৎনৌ।’

মাগী মাগী থবক পায়নখিবনা মীরোল লৈজদবা শাজৌ হায়নিঙাই লৈতনা ৱাজৈ ; অয়ুক ঙন্তাদগী হৌনা খুলঙ থিবা কোইচেন চেল্লি। ঠিকাদারশিংনা পীবা হাজিরা খূৎশূমল ৱাংখিবনা শিল্লংবা লাকপা খুল্লানবশিং লৌলোকপগী থবক হায়রুবদা য়ারক্তে । মরূপ মপাং পূম্নমক মশা মশাগী থবক্তগী হাইদোকপা ঙম্নদবা মতাংনি । লুশিল্লক্লবা তানফমসিদা মতৈ মনাও চাকঙন চাদুনা মচা অনী পুরগা লৌ পাংলকখি । সিফাইনা চিক্ল-চায়নবা ঙমদ্রবা সড়ক্তা মখোয় য়াম্না ৱানা লাকখিরম্মী ।

থারবা লৈচিল মরক্তা সিফাই ময়াম শাজৌগী লৌবান অকোয়বদা লেপ্লম্মী । মখোয় অয়াম্বনা গোরানি। লৌশঙদা থোইবাবু মচলগা ফমদুনা লৈননবা শিন্নরম্লগা মমা-মপা অনী পৌ পুদুনা লৌবুক কূম্লকপদা গোড়া অমনা কন্না কৌরকখি। শাজৌনা চঙশিন্দুনা মরম হংলুবদা নুপাদুনা মশাগী লোন্দা খঙহন্নবা হোৎনরকই; ফৌ খুদক্তা খাওদোকউ, লৈবাক খোৎথরক্কদৌরে লাওরকই । শাজৌনা ৱাফমদু তম্লবদা থাবল্লে নুংবঙননা

ফমদুনা কপ্লম্মী ।

পৌ নম্বগী থবক থাদোক্তুনা, তোংশং নাইবগী মাঙজবা খল্লুদনা,মতৈ মনাও থাঙ্গোল পায়খৎলে। ফৈদোম অমা খাওরবা তুংদা লৈচিল পূমতাক তাকখ্রে। ময়েক শেংবা নুংশানা মহৈ চূপ্বা মোইরাংফৌ সনাগী চরোং ওলহল্লি।

মমা-মপাগী মশক শেংনা উরকপগা মচলবু মাঙ থাহন্দুনা থোইবা কৃমথরক্লে। মফম ইখঙ খঙহৌদনা খোংলকপা অহৌবা সাইরেন মখোল তাবদা মবুংনা মচলবু থাংদুনা অফিং-অফাই চেনশিল্লকপনি,লৌরীদগী নাম্বুরে। ঈশিং অমসুং লৈখোম্না মচিন মৌপ্বা অনীমক পুমচোৎ চোৎলেবনি। হোৎচিল্লকপা মমা-মপানা মচাশিংবু চিংদুনা পুরগা অৱাংবা লৌরী মরুমদা উপ্লম্মী। কোমথোকপগী সাইরেন খোংলক্লবদা শাজৌ হৌগৎতুনা অমুক লৌ খাওবা হৌরে।

অৱাংথংবা চীংখোঙদা থৌজিল্লকখিবা বুল দোজর তরুকমক্লা লৈবাক খোৎথবা হৌরকপদা থাবল্লে চাকখিবনা ফ্রিং ফ্রিং চোংলম্মী, কপ্না কপ্না অখাওবা ফৌবোমশিং পৈশিনবা হোৎনরুই। মদুগী কান্নফমদি মহাক খন্থরুদ্রে। কদোমদা থৈদোক্কনি ? শাজৌ মখাথংবা লোন্নবা লৌবুক য়েংলুই, ঈশিং খুজেং থূল্লি। লাপ্পগী মথক্তা ঈশিং মরক্তুদা পৈরুবগী তোংজবা লৈরোই। অকোয়বা চীংথক্তি বুল দোজরশিংনা থৎখ্রে। শাজৌ লৌরীদা লেপ্লগা ৱাখল তৌরম্মী। অঙাং থোইবা মমা-মপা অনীগী অৱাবা উরগা মমিৎতা ঈরা চেল্লি।

পূং অহুম্লোমগী মনুংদা শাজৌনা চহী মরি চুপ্না নীলজখিবা অৱাংথংবা চীংখোঙগা তাইনবা লম অঙাঙবা লৈবাক্লা কৃপখ্রে। ফিভমদু উবদা মতৈ-মনাও লৌ খাওনিংদ্রে। তমুবী ইঞ্জিন তরাগী মখোন্দা কিবনা থক থক নিক্লকপা কুইরবনি, মমাদা নপশিল্লে,কন্নসু কপ্লম্মী। লৌরী ময়াগী ফৌবোম মথক্তা মাবু ফমহল্লগা মমানা থেমজিল্লি ।

হঞ্জিন হঞ্জিন সাইরেন খোংলক্লে। বুল দোজর থৌরম্বশিং য়াওনা সিফাই অমত্তা অকোয়বদা উখিদ্রে। মখা মায়কৈ নোংথক্তগী অকিবা ফংনা হৌরবা খোঞ্জেল অমা অসুম অসুম ঙংদুনা চংশিল্লকপগা তোঙান তোঙানবা মফম কয়াদগী বোম-তোপ অরেপ্পা লৈতনা কাপখৎনরকখি,

মালেম লৈমায় থক থক নিক্লে । থোইবা মমা মপাগী লৈফম তম্না চেল্লকপদা ফন্নম্বী তমুবীগী মখোঙদা নেৎলুরে, অঙাংদু অনাবা খাঙবদা থরো থরো ওন্দুনা কপ্লম্মী । মমা-মপা তমুবীগী মনাক্তা চেল্লক্তুনা উপ্লে ।

থোইবাদি হৌজিক অৱাংবা লৌরী মথক্তা কাখৎতুনা চবুন ওইনা পাইরকপা এরোপ্লেন মাপল য়েংলি, মপানা কন্না কন্না কৌবদা তাখিদ্রে, অতিয়াদগী মমিৎ লৈথোক্তে। এরোপ্লেনশিংদু ওখাক ৱাংনা পাইবনি খঙডি, মরমদি মখোয় তেরা মফোন মুক্তা চাউনা উই । মায়কৈ কয়াদগী মখোয়বু তমদুনা কাপখৎনরকপা তোপ মরুশিংদা নুমিৎকী মশেক্লা য়েবদা অতিয়া পূম্লং পূম্লং লংলে । মরুশিংগী শানবগী চাং খমদুনা পোকখাইরকপদা এরোপ্লেন লোয়নমক থুগাইখ্রবগুম নীংনৈ ।

থোইবানা লাউরকই, “ বাজী, য়েংঙু, তোপ মরুনা এরোপ্লেন অমা তান্নরি ।”

“ হে অঙাং ! নঙবু সিদা লাও হায়বনি ।” মমানা চৈ ।

“ অস ! অস !”থোইবা মমাগী ৱা নাচুংদে,পাউ পীবসু লেপ্তে, “এরোপ্লেন চেপখিবদগী তোপ মরু নাম্ভোকখ্রে ।”

থাবল্লৈ নুংশা থীজবনা মচাগী নাক্তা চেনগে হোৎনবদা শাজৌনা ফারগা মশামক হোৎচিনখি ।

হন্দক্তি থোইবা খূবাক কন্না খুরক্লে, “বাজী, য়েংঙু য়েংঙু, অসিবু উদব্রো ? চপ যুংনা পাইখৎখ্রিবা এরোপ্লেন অসিদগী করিনো লফু থরোগী মওং মানবা খর তাহৌবে ।”

“ বোম হায়বদুবা ?” যেংখৎলুবা থাবল্লৈনসু লাউরকখি ।

শাজৌনা খুম্বা নংদ্রিঙৈদা অকিবা ফংনা হৌরবা খোঞ্জেল মরি মথং মথং শমজিন্নখ্রে । চীংমায় পূম্বা থক থক নিকহন্দুনা চীংগোন নাপোম কযা লান্না খোম্থাং য়েনা চৎখি ।

“ থাবল্লৈ, বোম থাদখ্রে !” শাজৌ তফিং তফিংখি ।

থাবল্লৈ মায়কৈ লাকশিল্লি,“এরোড্রোমদা ওইরমাল্লে ।”

“ করি থোক্লমগনি ? ” শাজৌ লৱাইগী শম নাম্থে ।

“ নচাদু চিংশিল্লকখো ।”

মিনিট কুনলোমগী মতুংদা সাইরেন খোংলক্লে, কোমথোক্লে

তাক্লকপনি। লানকোমদা লোৎনরুবা সিফাইশিং কোইচেন চেন্নে। জীপ, মোতোর সাইকল, এম্বুলেন্স অমদি শাগোল গাড়ীশিং চীংয়া লম্বীশিংদগী থৌদোক্লরকই। চেন্নরিবা সিফাইশিংগী কাঙলুপ য়াম্মি ; গুর্খা, গোরা, পাঠান, পঞ্জাবী, নেগ্রো, রাজপুটনচিংবা। গোরা অমা চেল্লক্তুনা শাজৌখোয়বুসু লৌবুক্তগী তানখৎলক্লে।

শাজৌ নমদা তমুবী পোখৎতুনা মমা-মচাবু মাঙদা চৎহল্লম্মী। সিফাইশিংনসু তানবগুম মখূৎ হাইরকখি। চাকঙন চাদুনা অয়ুক্তগী হোৎনজরুবা থবক লান্নংনবা তারবদা মখোয় নুংশা থীনা তহা তহা লাক্লম্মী।

এরোদ্রোম ময়া লম্বী য়ৌরকপদা সিফাইশিংতা নত্তনা শিন্মী, মজদুর, অমদি খুঞ্জা মীচম লীশীং লীশীং কপ্পা লাউনবা উরুরে। লৌবুক্তগী চেনখৎনরকপা মীয়াম অমসু থোমজিল্লক্লি। জপানিজশিংনা থাদবম্বা বোম্না তৌখিবা থবক তশেংনা শেরান্নখ্রে। এরোদ্রোমদা অমাঙ-অতা থোকহনবা ঙমদবতা নত্তনা বৃটিশ লান্মী অমা ফাওবা হাৎখিদ্রে। ব্রানা চরা তাঞ্জবা মজদুরশিং অমদি লৌমী কয়াগী পুন্সিবুদি মাঙহনখি। মখোয়শিংদুগী মনুংদা মথোৎ কারক্লিবী লৈশাবী কয়া অমসু য়াওখ্রবনি। যাম্না থীনা শোক্লবা কয়া অমনা লাউ-খোংদুনা চৈনা খাংনবা উরগা শাজৌ নুংঙাইতনা মফম অদুদগী লৈথোরকখি।

" লৌবুক্তগী কাবকপী লৈশাবী খরসু য়াওখ্রমাল্লে, পাম্মুখ্রেদা।" থাবল্লেগী খোঞ্জেল নিকই।

" লান্দা মীচম কয়াগী থব্রায় অমদি লন-থুম মাঙহল্লি। মমা মপাগী মিংৎকী মণি ওইজবা নৌরিবা মপারী লীশীং লীশীংনা খুজিংনি নোংমা নোংমদা শিরিবা। ঐখোযগী লাইবক হৌজিকপু হায়বা ঙল্লিব্রা। মী য়াম্না হাৎনবা, অমাঙ-অতা থোকহনববু লাল কৌবনি।"

তুং খব শোৎথহৌরবা থোইবাবু মমানা কৌখৎলম্মী। মচাগী মখূৎ চিংলগা থাবল্লেনা হায়, " উরেদনা,তৌরিবা ময়ামসি। নঙ অমা নোংমতসু য়ুমদা লৈগনি খঙদ্রবনি, সিফাইশিংগা অদুম তোৎনখ্রবা। নুতিগী কেম্প হোং হোংদুনা চৎলি হায়বা তারে।"

লৌগী ওইহৌরিবা ফিভমগী পোৎলূম পুরিবা শাজৌদা নমগী পিক্লিবী

মচানুপীনা থাজদনা হংলকপা তারগা ইখং খংনখি।

" বাজী, মী শিনরিবসি করিগীনো ?"

" বোম থাদরম্বগী ।"

" কনানা থাদরিবা ?"

" জপান্না।"

" করিগী ?"

" লাল তৌরিবা, মী হাৎলিবা।"

" ঐখোয়বুসু হাৎকদ্রা ?"

" মখোয়গী মনীংনি। নঙবু শিনিংব্রো ?"

" শিনিংদে, কি ।"

" অদুদি তুমিন লৈয়ু ।"

চহী মপা চাদনা ঙাঙনবা ঙমদ্রবী অঙাং তুমিন লৈখ্রে । থোইবা মমা-মপাগী খোঙ্গাপ ইন্নবা চেনবগুম চৎলম্মী । অশি-অনা ময়ামগী অকিবা শক্তম অদুনা পূক্লিংবু খর ৱাহল্লবসু খঙনিং-য়েংনিংবনা হেল্লিবা মঙোন্দদি লালবু তমথীনা খল্লুবা তৌদ্রি। সড়ক্তা ক্বাজ তৌদুনা চৎলিবা সিফাইশিংগী পরেং পরেং, অতৎ অখম লৈতনা চেল্লিবা গাড়ী মখল কয়া অমদি পাইখৎখিবা এরোপ্লেনশিংদা হেন্না পুক্লিং চঙদুনা লৈ। নাক-য়েৎ য়েংনবা হোৎনবদা মা খুদি থীবা মশিং খঙদ্রবনি। গুর্খা সিফাইশিংগী গাড়ী অমা গুরুঙ চৎপদগী মখোয়গী লম্বী থিংলে ; মী কনবগী থবক কন্না চৎথরম্বা তাঞ্জামক্লি । থোইবানা লিৎশিন্দুনা য়েংলুনবা হোৎনবদা মমানা মখূৎ পায়দুনা খাম্মি। লম্বী হাংদোকপগা মখোয় অমুক তহা তহা লান্থোরকখি। মাঙ থাবা থোইবানা তুংদা মমা-মপা ৱারী শানবা তায়।

" ওন্থোকপনি ! ফৌ শংবাই অমা ফাওবা লোকপা নংহৌরোইদ্রি।" থাবল্লে থম্মোয় শোকপনা পিসু শিন্থরি ।

"থাজদ্রে, ঐখোয়না থোরকপদা ইঞ্জিন খরসু থৌজিলহৌরিবদুনি। অদুমকপু, হয়েং অয়ূক ঙন্তা চৎলগা য়েংলুগেদি খল্লি ।"

" ঙসিগী ওইহৌরিবা ফিভম অদুদগী হেঞ্জিল্লমদ্রবদি খুলঙ ময়াম অমা পুরগা ফৌবোম ওইনা থৈদোকহৌসি ।"

" য়েংসি । অদুবু ঐখোয়গী অমাঙ-অতা থিবীবা নত্তেদো, ফৌ

লোক্কনি থাজরক্কে ।"

" হে ঈশ্বর ! ঐখোয় করি চাদুনা হিংগদৌরি ? ঐখোয়বু পূম্মাঙ মাঙজবা তারিব্রা? লাল লোইখ্রবসু লৌ ওইবা য়াররোইদবা ! "

" ব্রারুনু,লৌউদবা ময়াম অমসু হিংনরিবসিনি, লাইনা য়াৎপা খায়াৎনি । ঐখোয়না ঈশ্বরদা হায়জগদবসি লাল কনশিল্লক্কবা,থুনা লোইশিনখিবা।হৌজিকঐখোয়না লেল্লিবা পুন্সিসি মঙগা করি খেন্নরি ?" শাজৌনা থাবল্লেগী থম্মোয় চাওথোকহন্নবা হোৎনৈ ।

মমা-মপাদগী থোইবা ফনা য়াম্না মাঙ হাইগৎখ্রে। শগোল তোংবা সিফাই অমদা মানা পুক্লিং চঙনা য়েংবা উরগা মমানা হায়, " মসিমনে, চোংখৎখিদুনা তোক্লরনি ।"

মমাগী ব্রা করিসু থৌশাদবগুম থোইবা ওনশিল্লকই, " মখোয়না হায়রিবদি ঐখোয় শিদনবা নোংঙানবগা কেম্পতা লাকউ, য়েক্লবনা বোম থাদরক্লবসু মখোয়গীদি লোৎফম অফবা লৈ, অহাও অহাওবা চিঙ্গাক ব্রাৎতে, নাদনবা হীদাকসু লৈ ।" করিনো অমা খংনিং নিংশিংলকপগুম থোইবা মপাদা মুন্না য়েংলকখি, " বাজী, হয়েংদি ঐ নাদনবা হীদাক লৌরুগে।"

" কদাইদগী ?" মচাগী মতৌদা শাজৌ নোক্লিংবনি।

" আ চীংথকসিদগী।" থোইবানা মপাদা খূদোম্বী থিন্দুনা তাকই। " মখোয়গী হোস্পিতালদা ডাক্তর নর্স য়াম্না লৈ ।"

" ইমাই পেম্মা ! আসি য়ৌনা চৎলবা ? " থাবল্লে তশেংনা ঙকপনি, " কনা কনাগা চৎলিবনো ?"

" ঐখোয় য়াম্মি, ডাক্তরনা মখল মথেলগী অচাপোৎ নুতিগী পীজৈ ।"

" নখোয়নে চাফম থিবদা শিফম নাফম খঙলরোই । হয়েংদগী চৎথোকপকা অমত্তা য়াদ্রে হায়রিবসিনি ।"

গোরা অমনা লমজিংলকপা নেগ্রো কাঙলুপ অমগা থৈনবদা থাবল্লে মচাদা ঙাওবা লেপ্লে । ব্রাং-চাউরবা অমুবা সিফাই ময়ামদুগী মরক্তগী অমা চেন্থোরক্লুনা থোইবাগী মখূৎ তাপ ফারৈ, অদুগা য়াম্না হরাওনসু নোক্লম্মী।

" মোখোতো ! "

" কোমা অঙ্কল ! " থোইবাসু হরাওনা চোংখৎলি ।

" হু ? ফাদর মাদর ? " নুপাদুনা শাজৌ অমসুং থাবল্লেদা খূদোম্বী থিল্লম্মী ।

" য়েস, ফাদর, মাদর, সিস্তর ।" থোইবানা তাকখি ।

অমুবা অচৌবদুনা থোইবাবু ফৈনা পমখৎতুনা উরূ উরূ লৈরগা তপ্লা লৈমায়দা থম্মি ; লূপা তরাগী নোট অমা ফুরিৎখাউদগী লৌথোক্তুনা পীরগা নঙ্গন্দা নুংশিনা পোপ পোপ ফুরম্মী । সিফাই থোইবাবু হন্না হন্না য়েংদুনা মপাংশিং তান্নখি । মতিক-মপা চাদনা তৌথোরকপা মচাগী মতৌদা ঙকপগা শাওনিংবগা য়ান্নদুনা শাজৌ নোকথোকখ্রে, " মখোয়সিসু নঙগা খঙনরবা? মতুং মনাওদি মখোয়গী মরক্তা চঙজরুনু । নঙসি পুল্লগা থম্বনবু ফগদৌরি ।"

মমাসু চৈবা য়াওশিল্লকই, " নচাসি ৱারকচৌকো । নহান্না ঐদি অঙাংশিংনা হায়নবা তাখ্রবনি — থোইবা সিফাইশিংগী মরোল খঙঙি, ৱারী শানবা ঙম্মি । নোংঙানবা ঙাইঙমদনা য়োংশিংদুসু মাবু হৌবা শয়োম শয়োম লাকই । অঙাংসি লমদি চপ চানা হেল্লবনি ।"

থোইবা করিমত্তা খুমদে, মাগী মখোঙ য়াওবগী ৱারী শানদুনা চৎলিবা মমা মপাদগী খর লাপ্তুক তুং ইল্লকই । মানা নেগ্রো সিফাইদুগা খঙনখিবগী থৌদোক অমা নিংশিংদুনা চৎলিবনি ।

— নোংমা চহী নিপাল-মাপলগী অঙাং কাঙবু অমা এরোড্রোমগী লমপাক্তা গোরাশিংনা ফুটবোল শান্নবা য়েংবা চৎপদা থোইবাসু য়াওরুই । মখোয়বু লম্পাক্কী মচি মচিদা ফমহল্লগা য়েংহল্লি ; থাপ্লা পাইথোকখিবা বোল খুলহন্নবা থৌরাঙদনি । খুনবা হানবা তান্নবদা অঙাংশিং তোয়না খৎনৈ । মদু উবদা গোরা অমনা মখোয়বু খর হেন্না লাপথোকনহল্লি ।

গোরাশিংনা বোল মশক উদবা মখৈ ৱাংনা কাওখৎপা, মকোক্না থেংবা, খুনিংনা কাওবা, মখোয় মমিৎ কুপ্তুনা য়েংবনি ; অঙাং খরদি চাক চারক্ত্রি হায়বা কাউনৈ ।

নুমিদাংৱাই ওইরকপগা শান্নবা লোইশিল্লে । থোইবাগী থৱায়

য়াওবা অমদি অপাম্বা খঙবদগী সাহেব অমনা মঙোন্দা বোল অদু পীরকখি। থাজদনা ফংবদা হরাওমনখ্রদুনা মানা বোল কোল্লগা ময়ামগী মাঙ থাদুনা চেল্লক্লম্মী। অঙাংশিংনা লাকপা লম্বীগী নাকন্দা, ঈমায় চোন্না চেল্লিবা ঈথৈখোং অমদা নেগ্রো ময়াম মফি থোংদনা ঈরুজরম্বা থেংনরুরে। মখোয়গী মতৌদুদা তুক্কচবা অমদি হঙ্গোইবনা অঙাংশিং থৈদুনা চেন্নে। ঈশিং মনুংদা লেপ্লিবা অচৌবা নেগ্রো অমনা বোল পায়রিবা থোইবা য়েংলগা কন্না লাউরকখি।

" ননানা ? ফুটবোল ?"

বোল হুরাল্লগা পুরকপা ওইনা নীংদুনা হংলিবনি খঙলবসু অশেংবা তাকপা হৈতবনা থোইবা শাওনা হায়, " কোমা হেক মাল্লদনা, শক্তামক্লা।"

" কোমা ! য়েস মি কোমা !" লাউরকখিবা নুপাদু খঙহৌদনা কংফান্দা ফন চোংখৎলকই, ফি অমা মখ্বাংদা য়েৎশিল্লগা থোইবা তম্না চেনশিল্লক্লে। অঙাং পূম্নমক কিবনা পাখৎনরে। মখোয়বু কনবীনবা অনকপদা তারা তিংলিবা পঞ্জাবী সিফাইশিংদা য়েংলম্মী। নেগ্রো নুপাদুনা থোইবাগী মখূৎ তাপ ফারগা হরাওনা নোক্লে।

" মি কোমা, হাও ? "

থোইবা ঞান তাদনা তুমিন লেপ্লম্মী। অদুবু নুপা অদুনা মাবু মরেংবান্দা থাঙ্গৎলগা হায়, " মোথোতো, গুদ, মোথোতো।"

" কোমা, হৈ কোমা, য়াম্বু।"লৌখোংদা ঈরুজরিবা অতোপ্পা নুপা অমনা কন্না কৌরকই।

" হোই।" থোইবাবু পল্লিবা নুপাদুনা খুমখি।

য়াম্না ঙক্লুবা থোইবা হৌজিক ভাব তারক্লে, নুপা অদুগী মমিং কোমা কৌরম্বা তারে ; মহাক্কী মমিং পল্লুবদা হরাওদুনা পল্লিবনি।

থোইবাবু মখাদা থম্লগা অমুবা অচৌবদুনা নুংশিনা য়েংলম্মী।

" হু মি নেম ?"

মহাক্কী মমিং কনানা তাক্লিবনো হায়রিবনি খঙবদগী থোইবা য়াম্না হৈ-শিংনা মঙক নোমদুনা হায়, " য়ু কোমা, অঙ্কল।"

কোমানা মহাক্কী মনাক্তা লাক্লুবা মখোয়গী কম্পনিগী কেম্প

লৈফন্নোমদা মখূৎ থিন্দুনা থোইবাদা তাক্লম্মী। কিবনা থক থক নিকলুরবা অঙাংশিং হিংলে খঙলবদা য়ুমলোমদা অমুক চেন্নরকখি ।—

কোমাগা খঙনখিবগী তাঞ্জা অসুম নিংশিংলম্বদগী থোইবা মমা-মপা তানখৎলকই, মখোয় লৌগী ব্রা খন্নবা লেপ্লমদ্রি ।

" মাঙখ্রিবা লৌ অমদি ফৌগী মমল হঞ্জিন্নবা গোরা সিফাই মকোক্তা ঙাওনবীনবা অখঙ-অহৈশিং তান্নহৌবনা ফরোইদ্রা ?" মমা মুন্না খল্লগা হায়রকপনি ।

" লাল্লকসিদা মদুগী ব্রাকৎতুবু কনানা তাবীরক্কনি, য়ূম ফাওবদা লৈহন্দনা তান্থোকপীরিবসিনি ।"

" খঙদ্রেদকো মঙ-হাগুম্বনি তৌরিবা মতৌসি ।"

" মাঙখ্রবনিদো, পাম্মুখ্রেদা, ইপা-ইপু হাকথক্তগী হিংনফম ওইরক্লবা লৌফম্মি ; মসি নত্তনা অতোপ্পা অমা লৈজবসু নত্তবা ।"

" লিংবা পেংবদনা ব্রাখ্রিবা । হোৎনজরুবা পূম্নমক পোইনু খুদিং অরেম্বা তাহনবীদবনা খ্বায়না সনা শাৎপা লৌফম্মি হায়না থাগৎপীবনি।"

থাবল্লৈগী মমিৎতগী মপি শিন্থরকপদা কোরৌহনবসু য়েংঙমদবনা চীংগী মরুমদা লৈথখ্রে।

য়ূম য়ৌরকপগা শাজৌ তোমাল উনবা চেল্লি। থবক মফমদগী হল্লকপা কুইরমদ্রিবা তোমালদা থব্রায় শোক্লা পাউ তম্লুই।

" তা-তোমাল, ঐ মাঙজরে, পূম্লোই লোইরে ।"

" ঐ মরমদু খঙলে ।" তোমাল মায়থোং মক্লা তপ্লপ হায়, " লৌগী ব্রাফমদু নঙোন্দা তমগে হায়দুনা ঙসিদি ঐ ঙন্তা হল্লক্লবনি ।"

" অসিবু পূরা মাঙজরগদ্রা ? "

" নঙ ঐনা ব্রাকৎলুনবা করি পাঙ্গল লৈ? ঐখোয়গী ঠিকাদার ঙসি অয়ুক ঙন্তা সাহেবনা কৌবদগী ঐগা লোয়ননা চৎলুবনি।এরোপ্লেন থম্ফম,লোৎফম হেঙ্গর শেমগদৌরি, মদুদা সাহেবনা ঠিকা লৌ হায়রকই। শেমগদবা মফমদু তাক্লবা সাহেবনা ঐখোয়বু পুরম্মী। মফমদু য়ৌবদদি নঙগী লৌ ওইরম্লে। ঐ থব্রায় য়াম্না নুংঙাইখিদে । অতোপ্পা মফমদা শেমসি, অসিদি ইনাও নুপাগী লৌনি সাহেবতা কন্না হায়জবনি, অদুবু তাবীখিদ্রে, মঙক হাইখি। গৌহাটী, দিমাপুর, কোহিমা, ইম্ফাল অমসুং

পল্লেলগী কমান্দিং ওফিসার পুম্নমক্কা পাউ ফাওনদুনা মথক্কী অচৌবা সাহেবনা লেপ্পল্লবনি হায় । নঙগী লৌফমদুনা তৌরিবসু চীংনা ইকোয় হেক কোয়শিল্লেদো, অদুদগী হেন্না মফম চাবা লৈত্রে অসিনি ।"

" করিগীনো মখোয়না মদু শেমগদৌরিবসি ? "

" মরকসিদা জপানিজশিংনা অহিং অমা এরোড্রোমসিদগী প্লেন খর হুরানখ্রেসু হায়, মৈ থাদোক্লম্বনিসু হায়নৈ । হৌজিক প্লেন খুদিংমক লৈনুংদা ফুম্বা গার্দরদা শো লোন্দুনা লোৎলগা থম্লে । অতোপ্পা ব্রাফম অমনা ঙসি থাদরম্লিবা বোম অদুনা এরোড্রোমদা তারম্লবদি মাঙগদবা প্লেনগী মশিং ওখাক য়াম্লমগনি । অদুগুম্বা অমাঙ-অতাদগী কন্ননবা চীংগোন মফম চাবা য়েংলগা লোৎফম শেম্লবা ওইরমগনি । "

" লৌ পূম্বা মাঙবা তারবনি ?" শাজৌ স্বর শাংনা শাংনা হোল্লি ।

" লেমহৌগদবা মান্দ্রে । শাজৌ, ঐনা নুংঙাইজদ্রিবদি হৌজিক হৌজিকমক মুল্লবা ফৌসি লোকপা নংহৌরোইদ্রি হায়বসিনি । ঙসিদগী লৈবাক খোৎথবগী থবক হৌনবা শিন্নখ্রে । "

" লৈবাক শীবা হৌহৌরে, ইঞ্জিন তরাননি, মশীং হেনগৎলমগদবা মাল্লি । থাবল্লে ঐখোয় অনী লাংতক্লবনা করিসু তৌফম খঙলক্তে । বোম থাদরম্বদগী ইঞ্জিনগী থবক্তি লেপহৌরি । করি থোক্লমগনি হয়েং খঙবা হায়বদুনি । "

" হয়েংগীদমক করি থৌরাঙ তৌরি,ফৌদু লোকপা ঙমহৌনবা? "

" মদু তান্নবনি ঐনা লাকচরিবসি । খুলঙসু অমত্তা ফংদ্রে, মাগী মাগী হোৎনখিবদা ।"

" অদুদি সুম তৌসি,নঙ হৌজিক থাঙ্গোল কুন-কুম্থ্রামুক ব্রায়রুরো। হয়েংসি হাজিরা থবক শূবা লাকপা মী য়াঙ্খ্রে ঐ ফারগে। হাজিরা লূপা পীনৈ, শিকি অমমম থোইনা পীগনি হায়রবদি মখোয় লৌগী থবক্তু শূরুসি য়াগনি । মফম চাবা য়েংলগা ফৌবোম পৈশিল্লসি।"

" অদুদগী হেন্না ফবা থৌরাঙ অমা লৈররোই । অদুদা ব্রা অমা লৈরে তা-তোমাল, মীয়ামদু নেক্লবা ঐগী শেল লৈত্রিবসিনি । "

" ঐ পীগে । ব্রাফমসি ঐখোয় ঠিকাদারদসু ঐনা হৌদোক্লম্লবনি । "

তোমাল পেঞ্জবনা থম্মোয়নুংদা মোমোন নোকচৈ। থাঙ্গোল থিরুনবা ময়ূমদা তহা তহাদুনা পরপ পরপ লাক্লম্মী।

য়ূম য়ৌরকপগা তোমালনা হায়রকপা ৱারোল পূন্নমক থাবল্লেদা শুগায়না তল্লে। মখোয় অনী খা-ৱাং, মনীং-মমাঙ থাঙ্গোল ৱায়বা চেল্লম্মী।

থাবল্লে অহিংচুপ্পা তূম্বা য়াখিদে ; থৱায়মক্কুম পাম্মুজরবা, ৱানা নীলজখিবা লৌফম মমিৎতা উদুনতা লৈখ্রবনি। শাজৌ নোংঙানবা ঙাইরি। বোম-তোপ নোংমৈ কাপ্লবগী মখোল মহাক নাচুংখিদে।

নোংঙানবগা শাজৌ লৌগী ফিভম য়েংবা চেল্লি। লম্বীদা মথং মথং থৎতুনা লৈরম্বা এমঃপিঃশিংদগী য়াম্না ৱানা নাম্হোক্লগা মহাক লৌ য়ৌরকপনি। লৌ পরী অনী মরাক চরুখোক অমা ফাওবা উবা ফংখিদ্রে, অঙাংবা চীংলৈবাক্লা খ্বাং লুনা ফুমখিরল্লে। নিংথম অয়ূক্কুদা মমায়দা মরীক মরীক কারকপা হুমাং খুদৈ মচিনা তৈথোক্লগা মহাক চীংয়াদা চপ লেপ্লম্মী।

# ৩

তোমালগা লেপ্পখিবা খুলঙগী ব্রাফম হায়দোক্লুনবা শাজৌ য়ূল্লোমদা অমুক চেল্লক্তুনা ওইহৌরিবা লৌগী ফিভম তম্লবদা থাবল্লে খংতুক তুকথখি। লৌফমদুগীদমক লীশাং শিংনা মহাক্কী পাঙ্গল খাকখিদ্রবনি। ইমুং অসিবু থাকপিদুনা মীরক তিনবা ঙমহল্লক্লিবা অচৌবা লৌফম্বু ফৈদোম অমা ফাওবা থম্লমদনা এরোপ্লেন লোংফম শেমখিবগী মীনুংশি য়াওদবা থৌওংদুনা মহাকপু অঙাওবীগুম ব্রাখল থোকহনখিদ্রে। ঙরাং নুংথিল ফাওবা লেপহৌবা মহৈ চূম্লবা সনাগী চরোংশিং অহিং অমদা চীংলৈবাক্লা কুপখিদুনা থব্রায়গা পাংখক ওইরবা লৌফম অদু মাঙখিবদা মহাক খাম্বা ঙমদনা কপ্লম্মী। শাজৌনা ফনা কন্না থেমজিনবা হোৎনদুনসু মহাক্কী থম্মোয়গী অব্রাবা খজিক্তং ফাওবা ময়েং তাহনবা ঙমখিদ্রে।

থাবল্লে য়াতুনা নারে। লৌগী থবক্তগী খুৎথারবা শাজৌ অনাবা নুপী অমসুং পিক্লিবা মচা অনীগী চরা তানবদা হাজিরা থবক শূরুবা তাখি। ব্রারে হায়দুনা নোংমতশু পোত্থাদুনা লৈথোকপা য়াবা মতম ওইখিদে। হাজিরাদগী ফংলকপা লূপা অমনা নোংমা নোংমা লেন্নবা হোৎনবদা অনাবা লায়েংলিবা মাইবগী দক্ষিনা পীনবা লৈত্রি, পূরুবা তারিবনি। মহাক্কী অব্রাবা কনাদসু হায়রুদে অদুবু ললিতানদি তোমালদা তত্তনা তম্লম্মী।

নোংমা য়াচংবা মতমদা শাজৌ অচৌবা খাউ অমা লেংবান্দা য়ান্দুনা ময়ূম চঙলকই। ইমুংদা থানবা পোদোন চোকথরবগুম মুশি মুশি

ঙাল্লম্মী। মহাক্লা লময়াইদা লেপ্লবদা তাখিবা নাহেখোলনা নুংথিল চূপ্পা শূরুবগী অৱাবা শরুক অনীদা হেলহনখ্রে। খাউ থন্নগা শাজৌনা কাংখল হাইদোক্লুবদা কাঙ শয়োম অমা তমুবীগী খোঞ্জেলগা পূন্না থোরকই।

" ইমা, বাজী লাক্লে।"

" ইবেম্মা, নমাবু ঙসি নুংথিল খক হৌগত্তৱ্রা?"

থাবল্লেনা করি অমত্তা ঙাঙলক্তবদা শাজৌ লৈতাদনা কাঙখল মনুংগী অশাবা মনিল ফাওনা লেপ্লম্মী।

" হৌগত্তে।" মমা শঙলম্বী পিক্লিবী তমুবীগী খোঞ্জেন্দা কপনিংবা য়াওরি।

" নঙগী তাচৌদি?"

" হল্লক্ত্রি।"

শাজৌনা হিদান্দা ফমথরকপগা থাবল্লেদা তপ্পা নাল্লি," য়াম্না হৈনিংদৱ্রা?"

"ঐ করিমত্তা লেঙনিংদে।" থাবল্লেগী খোঞ্জেল কাঙখোন্দগী হেন্দে।

" নচা নুপাদু খাম্বা ঙমহৌদ্রে ? "

" হায়নবা নংহৌদ্রবনি।"

" ইবেম্মা, নবুংদু কনাগা চৎখি, উহৌব্রা ?" শাজৌ তমুবীদা অমুক নানবী।

" মখোয় মরিনে, মমাঙলোমদা চৎখিবা ।" পিক্লিবী অঙাং মবুংনা চৎথোকখিবদা ৱারৌনা লৈরম্লি ।

" মসিবু করম্না শেন্নগদৌরিবনো, বোম-তোপ মরকসিদা শুৎ-শাৎ,মানা য়ৌদবা কেম্প, চঙদবা কম্পনি, লোয়নদবা সিফাই কাঙলুপ লৈরম্নরোই।" অনাবা খাঙবগী খোনফমদা থাবল্লেনা হায়রকই, "হয়েংদগীদি পুল্লগা থম্মু।"

"মদুনা চপ চাগদৌরি।"

তমুবী ফমুংদগী কূমথরক্তুনা মপানা পুরকপা খাউ হাংদোক্লম্মী। চেঙ, আলু, হৱাই, থুম্নচিংবা পোৎয়াম তোঙান তোঙান খাইদোক্লিবা অঙাংগী অরাম্বা মপানা উই।

" মৈসিদি কনানা চুখৎপিরম্বগে?"

" ইচে হেমানা।"

" থাবল্লে, করি চাসিগে, অমত্তংদি খল্লু।" শাজৌ লেঙনিংদ্রবীদুগী মশা নোম্লবনি অদুবু মখূৎ হাইরকখি ।

শাজৌ চাখুম চঙদুনা মৈ হৌগৎলম্মী, চাক্কী থৌরাঙনি। মপুরোইবগী ব্রাজবা মতৌদা খোয়চাক্লা থাবল্লে কাঙখল হাইদোক্তুনা য়েংলিঙৈদা মমাঙথোঙ হাংলকই । থোইবা চঙলক্তুনা লৈমায়দা খাউ অমা থম্লরে । মমা নে তারে, অদুবু চৈনিংবদি লৈরি।

" হে অঙাং ! নঙ অমনে হায়বীগে।"

মপানসু খুবাক উত্তুনা লাউরকখি, " হয়েংদগীদি মসি খঙজৌ।"

থোইবা করিমত্তা খুমদে, খাউ মনুংদগী বিস্কুট পেকেৎ অচৌবা অমা লৌথোক্লগা মচন্দা পীরম্মী। তমুবী মপাদা কিরপ য়েংলম্লগা মমাগী মনাক্তা বিস্কুট থম্লুই। মমানদি য়েংদে। পোদোন ময়াদা ফক অমা থারগা থোইবা লাইরিক পুথোরক্লে। লাইরিক্তা পুক্লিং চঙখিবা মচাগী মতৌ য়েংলগা মমা-মপা অনীমক ঙাকপিগ্রবগুম ঙাঙখিদ্রে। তমুবীসু স্লেট কাঙ্গু পায়দুনা করি করিনো ইরি।

মখল-মথেল লাইর-পোৎলূম, অব্রা-মৈশা ময়ামদগী অসুম শমথরক্তুনা মচা নুপাদা তারক্লবদা শাজৌ অমুকসু শাওগৎলক্লে, "থোইবা, নঙ ব্রারকপদা লৈকাই মচা শিংনগদৌরি। য়ূমদগী চৎথোক্কনু হায়বসি খক ময়াদ্রে, ঐনা হল্লকপা খুদিং নোংমতসু য়ূমদা লৈরমদ্রে ; নমা নারি হায়বসি করিমত্তা খঙদ্রবনিনে ?"

লাইরিক পাবা লেপ্তুনা থোইবা মপাগী ব্রা তারম্মী। মমা নাবদা মানা হেন্না নুংঙাইজদে হায়নিংবা লৈরবসু খুন্নকপদি তৌদে।

শাজৌ ঙাঙবা লেপত্রি, "ঙমদবী নমা শঙদুনা ঐ য়ূমসিদা অসুম লৈরবদি ঐখোয় চরা হেনবা তাবনি। নঙদি চাফম থিবা কনবনিনা অব্রাবসু খঙলরোই।"

থোইবা ইকাইবা অমদি নুংগী মৈশা খাঙদুনা লাইরিক্কী চেনা মখোল থোক্লা ফদ্রৎ-ফদ্রৎ হাইদোকই। তমুবীনা মপাগী মীচংদা হায়, " মাইবনা অনাবা থৌশাবীদে হায়না চৈরম্বনি।"

মমাগী কাংখদা থম্বা মাইবগী হীদাক হাপ্পা কৌতাশিংদা থোইবা মুন্না য়েংঙি, হৈনদবনি।

" হয়েংদি মাইবনা থৌ তৌগনি হায়।" তমুবী হনুবীগুম মখা তাই।

" করি থৌ ?" থোইবা শাওরপ য়েংলকখি।

" পোৎশেম লৌথোক্কনি হায়রিবা। ইমানা নারিবসি মপামলোমগী মীনা শেমজিনবনি হায়রি।"

"ট্রিস্থীবা মাইবা, শেল লৌবা য়ানবা।" থোইবা তশেংনা শাওখি।

অঙাংব্রা ওইরবসু শাজৌ মশামক্কী চীন্দগী থোকখিবগুম খল্লি। পঙহায় হায়জিনবা মাইবশিংগী হৈনবীদা মহাক য়াম্না তাথীবনি। শিনিং নানিংদবনা মতেং থিরকপশিংদগী খুদোং চাবা লৌদুনা নমথাক্তা শেল তান্নবা হোৎনবসিমক মহাক্না হন্থনা লৌবনি ; পোৎশেম মন্ত্রগী ব্রা ঙাঙবশিংবুসু লৌশিং ব্রাৎলিবনি খল্লকখি । থাবল্লেগীসু মান্নবা ব্রাফম লৈবনা মাইবনা হায়রম্বা ব্রাশিংদু তমনিংখিদে।

ইমুংদু ঙাইহাক মী লৈতবগুম পূমচীক চীক্লম্মী। তমুবী মবুংগী খাউ খংনিং নিংশিংলকখি ।

" করি করিনো তাচৌ নঙনা পুরক্লিবসি ?"

" লৌথোক্লগা য়েংঙুদনা ।" থোইবা চাউতক হায় ।

তমুবীনা খাউদগী মথং মথং চিংথোক্লুবদা কমলা, কৌতা-ঙা, চিনি, মোম্বতি, মৈখেৎ, সাবন অমসুং টুপী অচেপ্পা অমা য়াওরম্মী, লময়াইদু ইচাই চাই। মানা কৌতা-ঙা মপাদা পীরুনবা হৌগৎলকপগা সাইরেন হৌনা খোংলক্লম্মী।

" নখোয় অনী কোমদা চেল্লু।" শাজৌ ফিংনা লাউরকই ।

থোইবানা মচলগী খূৎ পায়দুনা মপাল্লোমদা চেন্থোকখি। মচিন মৌপ্পাগী মনাক্তা মোম্বতি অমা থানবীরম্লগা শাজৌ য়াম্না থুনা কোমদগী ইমুংদা চঙলক্লুনা থাবল্লেগী মনাক্তা ফল্লে, মখূৎ চেৎনা পায়রগা মিপাইবা ফাথৈ। থাবল্লেনা স্বর মপী হোল্লিবদি মশাগী নত্তে, মচাশিংগীনি।

" অঙাংশিংগী লৈফমদা চৎলু।"

" করিসু তৌরোই।" শাজৌনা থেমজিল্লি।

মচাশিংগীদমক ব্রাজবনা থাবল্লেগী মীহুল চেংগুম-চেংগানরি ।

মিনিট তরারোমগী তুংদা সাইরেন অমুক খোংলক্লে, কোমথোকপগী পাউজেলনি খঙবনা অঙাং অনী ইমুংদা চঙলক্লম্মী। থাবল্লে স্বর চনীং খজিক্তং তারে।

" নচাশিংসি লান্নবনি।" থাবল্লেনা তপ্না হায়।

" নঙবুসু থুনা পীজনিংবনি।" শাজৌ হৌগৎলম্মী।

শাজৌনা চাকখুম চঙখিবদা মৈ পূম্মুৎ মুৎলম্লে। মহাক অমুক হন্না মৈ থাগৎপা হোৎনৈ। মপাগী চাক লোইরকপা ঙাইবদা তমুবী হকাম তোয়না চল্লে। মখোয়গী তূম্নিংবা খাম্বা ওইনা মপা অমুক হৌরকখি।

" থোইবা, নঙ ঙসিনা করম্বা কম্পনিদা,কনা সিফাইগী মনাক্তা চৎলুই ? নেগ্রোশিংগীদ্রা ?"

থোইবা খুল্লমদে।

" নহাল নঙগা চৎমিন্নহৌবা গোরা পাখংদু করম্বা সিফাইনো ?"

" পাইলোতনি।" থোইবা হন্দক্তি মশা কোমতক তাক্লকখি।

" মাগী লোল খঙবা ঙম্ব্রা ?"

" খর-খর খঙঙি। মহাক অমেরিকা মচানি, মমিং থোমাস কৌই।"

" মখোযগী কম্পনিদু অমেবিকান ঙাক্তরা?"

" অদুদি খঙদে, পাইলোত অয়াম্বদি অমেরিকান্নি।"

থোইবা থব্রায় য়াওনা ঙাঙলবসু মমিং অনীদি পিগী ঈরানা কুপ্তুনা লুকথখ্রে।

" থোমাস হায়বদুনা এরোপ্লেন থৌবদি নঙ উরব্রা ?"

" য়াম্না তোযনা উরে।"থোইবা মপি খাম্লগা ঙাঙবদা খোঞ্জেল ওল্লি, "ঐবু যাম্না লুনা তৌবা মহাক্কী মরূপ হেনরীদি হল্লকখিদ্রে, ঐনা পুরক্লিবা টুপিসি মহাক্না উপ্লম্বনি।"

থোইবাগী মপি মতূম মতূম লৈমায়দা তাখিবদা মপা ঙক্লি, তমুবীদি ইকায়বনা লৈথোকখি। ঙাইহ্নাক মশাবু লাকশিন্নবা হোৎনরুবা থোইবা মপাদা য়েংলকই।

" হেনরীনা ঐবু ডাক্তর সাহেব অমগী মনাক্তা পুদুনা শকখঙনহনবীখি, ইমাগী অনাবা য়েংবিনবসু হায়জখিবনি ; য়াম্না থুনা মহাক মশামক্লা ডাক্তরদু ঐখোয় য়ূমসিদা পুরক্লগা ইমাবু য়েংহনগনি

হায়রম্বনি।"

লৈখিদ্রবা পাইলোতপু ইকাই খুম্নে, অদুবু ডাক্তরগী ব্রাফমদা হেন্না পুক্নিং চঙখিবনা শাজৌ য়াম্না খঙনিংবা লৈরে।

" ডাক্তরদু করম্বা জাতিনো ?"

" মহাক্কী মওংদু য়েংবদা বৃটিশ মাল্লি। ঐগী ইংরেজী ব্রাহে খর খর তারগা মহাক য়াম্না হরাওই।"

" মহাক্তি কদাইদা লৈবগে?"

" থোমাসখোয়গী মমাঙগী য়ুম অমদা লৈ। ইকুই কুইদনা থল্লাপোকপী চীংথক্কী অচৌবা হোস্পিতালদা চৎখ্রগনি হায়, মফমদুগী ডাক্তর মকোক ওইরমাল্লে।"

" হেনরী হায়বদু লৈত্রবনিনা নঙ মহাক্কা উনবা য়াররোইদ্রা?"

" ঐ ঙসি নুমিৎ চুপ্পা মদুগীদমক হোৎনরুবনি, চঙহল্লক্তে। থোমাসকী মতেং লৌগদবসু শিঙ্গাপুর চৎথোকখ্রে। অতে পাইলোতশিংদা হায়রুবদা মখোয়গদি খঙনদে হায়। ইমাবু অমুক্তং য়েংবীয়ু হায়জগে হোৎনরুবনি, উপাই লৈখিদ্রে।"

পিক্লিবা মচা থোইবাগী ব্রা তাবদা শাজৌ পেনবতা নত্তনা ঙকপসু য়াওই ; মফম খঙদনা চৈখিবগীদমক য়াম্না নীংঙস্লক্ত্রে, খোঞ্জেল নেমথখি।

" নখোয় অনী চাক চাররো।"

অঙাং অনীনা হৌগৎলকপদা শাজৌ পুখম অমদা চাক এঞ্জাং খর হাপ্পুনা থাবল্লেগী কাঙখল হাইদোক্লুই।

" চাকসি খজিক্তং য়েংসিদো।"

" ঐ চাররোই।" থাবল্লে খুম্বদা ব্রাজে।

" অতৈমক চাদ্রবসু তোর্বোৎ চম্ফুৎসি য়েংঙু, ঙা মচেৎসিগা।" শাজৌ নুংঙাইতনা তকশিল্লি। " নঙনা চারক্তবা চরা মশীং য়াল্লে, অসুম তৌরবদি য়াম্না ব্রাবা তারে।"

থাবল্লে মপুরোইবা পেলহন্নবা হৌগৎতুনা চখোম অমা য়োৎনবা কন্না হোৎনরম্মী, অদুবু থুনমক হিপথরগে হায়রকখি। ঙা মচেৎ অমা ইন্ননবা হোৎনরিবা মপুরোইবদা মহাক মিৎলু ঈরা চেন্না য়েংঙি ।

" নঙ নুমিৎ চুপ্পা থবক শূরুবনি, ব্রারম্লগনি, চাক চারুরো।"

খৌরী খ্রক খ্রক কংলবসু অরাম্বা মাঙখ্রবা শাজৌনা থাবল্লেগী মখূৎ অনী চেৎনা পায়দূনা লৈরে। মচা অনীদি চাবা লেপ্তুনা মপান্দা লাউ-খোঙনবা তারি। মীয়াম চেন্নরক্লি — ' য়ুঙাওবা সিফাইশিং খুল্লক্তা হাইজিল্লক্লে ! হাৎলু ! হাৎলু ! '

মপান্দা চেন্থোকখিবা শাজৌ ফনা কুইনা লৈরুরবা তুংদা ইমুংদা চঙলকই, অঙাং অনী হিপফমদা কাখৎখিরল্লে। মপা-মচা মখোয় অহুম পূন্না তূম্বা চযোল অমা ফারকখ্রবনি, অদুবু ঙসিদি মহাক অনাবা য়েংদুনা লৈখ্রে।

মথং অয়ূক অঙনবদা থোইবা মমাগী ফম্মাঙদা লেপ্তুনা মপানা য়েংলকপা ঙাইরম্মী।

" ইমা, ইমা ।" থোইবা নকশিল্লক্লে ।

" ইবুংঙো করি হায়বনো ? নঙ ঙসি চৎথোকখ্রনু।"

থোইবা 'হোয়' হায়না খুম্বা ঙমখিদে, মপাদা য়েংলম্নগা থোরকই। মপা য়ানিংনা তুমিন লৈহৌবনি।

সড়ক্তা চুমদ্রিং লাকপা থোইবাবু এমঃ পিঃ অমনা থৎলি ।

" হে বালক, কহাঁ ?"

" ডাক্তরকা বঙ্গলো।" থোইবা নোল্লুকই, অদুবু অকিবদি য়াওদে।

" নহী, ব্রাপস জা।" মিলিতরি পুলিসনা মঙক হাইদুনা হনখিনবা তুংলোমদা চৈনা থিল্লি।

থোইবা হন্দে, লাউনা হায়, " অরজেন্ট, ডাক্তব।"

এমঃ পিঃ চেনশিল্লক্তুনা শাওনা থোইবাগী খুবোমদা চৈনা শেৎ- শেৎ অনীরক কল্লগা মঙক লাক্তুনা ইল্লকখি। খোঙকাপ তবারোম হল্লগা থোইবা চৈনা খাঙদুনা মখোঙদা নাল্লি, এমঃ পিঃদা উপাই লৈত্রবগুম মপুক্লিং নুংশিনা য়েংলম্মী ; তুংলোমদগী লাকখিবা জীপ অমা মাগী নাকন্দা খাল্লবা খঙহৌদ্রে, মনুংদগী কৌরকপা তাবদা মা ইখং খংখি।

" থোৱা, ৱাট হেপ্পন্স?"

থোইবানা ওনশিল্লুবদা ডাক্তর সাহেব ওইরল্লে, পুক্লিং নুংশিবনা মহাক কপথোরকখি। ডাক্তর জীপ্তুগী ফন চোংথৈ, থোইবাগী মকোক্তা মখূৎনা নাল্লগা কপ্পগী মরম খঙনিংনা য়েংলম্মী।

" ক্রাইং ? ৱাট হেপ্পন্স থোৱা ?"

এমঃ পিঃ চেনশিল্লক্কুনা কর্নেল ডাক্তরদা সলাম কোৎলৈ। থোইবা মপি তৈথোক্লগা অনাবা মমা য়েংবীনবা মহাকপু কৌবা লাকপনি খঙহন্নবা হোৎনরম্মী।

" প্লিজ মাই হাউস,মাদর ভেরী বেদ।"

" বেরী বেদ? ইজ য়ুঅ মাদ ঈল?"

" য়েস প্লিজ।"

" খমোন, খমোন।" ডাক্তরনা থোইবাবু জীপ্তা চিংখৎলম্মী।

থোইবানা ডাক্তর সাহেবপু পুদুনা ময়ূমদা লাকপা অউবা মী পূম্নমক হুপচিন্নরক্কুনা কুমহৈগুম য়েংনরৈ। ডাক্তর ইমুংদা চঙদুনা থাবল্লেগী ফমুং নক্লা থাবা ফাল অমদা ফম্লম্মী। য়াম্না পুক্লিং চঙনা ষ্টেতেস্কোপ থান্দুনা, মিহুল-থাহুল কুপ্লা মতম চঙনা য়েংলগা মহাক শাজৌদা মখূৎ থিল্লকখি।

" হোস্পিতাল।"

" হাও ?" থোইবাগীদু করিদা পুগনি হংবনি।

" ৱিথ মি।" ডাক্তর মপানগী জীপ্তা য়েংলম্মী।

শাজৌ চঙক্লনা লেপ্তুনা লৈরবদা ডাক্তরনা অমুকসু হায়," ক্বিক, ক্বিক।"

থাবল্লেবু শাজৌনা জীপ মনুংদা থাংগৎলগা চেকশিন্না শেন্নদুনা মশাসু ফম্লম্মী। থোইবা য়াওনা মখোয় অহুম হোস্পিতালদা লৈরুবা তারবদা জীপ ময়া নক্লা চঙশিল্লকপী ললিতাদা শাজৌনা তমুবীবু শিন্নরম্লে।

পল্লেলদগী মাইল অনীরোম হাইগৎলগা থম্লাপোকপী চীংথক্তা লৈবা মিলিতরী হোস্পিতাল ওখাক চাউবনি, শঙ মশীং য়াম্মি। থাবল্লেবু অপিকপা শঙ মচা অমদা তোখাই থম্বীবগা লোয়ননা মী অহুমগী তূম্বা হিপ্প্রদা শিজিন্ননবা ফিসু ডাক্তরনা শাজৌদা পীহল্লম্মী।

নুমিদাংৱাই য়ৌরকপদা থাবল্লে মমিৎ ইপাও পাওনিংখিদে ; ৱাসু ঙাঙনিংদনা উই। মহাক্কী মতৌ য়েংলগা শাজৌ নুংশা য়াম্না থীরম্মী। য়াচংবা মতমদা কর্নেল ডাক্তর চঙলক্কুনা হীদাক অমা কক।প্লে। তেংবাংবা ডাক্তর নহা অমদা ঈ, অমাংবা অর্মদি হক্কী ঈশিং লৌনবা শিন্নরম্লগা মহাক চৎখ্রে।

অহিং চুপ্পা শাজৌ থাবল্লেগী নাকন্দা ফম্লগা লেনখি।

নোংঙাল্লকপদা খোইবা শঙদগী মপান থোরকই। খরা ৱাংখৎলপ লৈবা অতেম্বা লমপাক মচা অমদা অশিবা ময়াম পৈদুনা লৈবা উরুই; খজিক-খজাক নত্তে, মশীং থিঙমদনা য়াম্বনি। খবায় য়াওদ্রবা হকচাংশিংদু উবদা সংসাবসি অশিবনা খূদুম চনখ্রবনি খল্লুবগা মশাদু ইপঙ পঙশিল্লি। মনাক্তা লেপ্লম্বা নুপা অনী ঙাঙনবা তাবদগী খঙহৌবদি মখোয়দু গুর্খা ঙাক্তনি, অহিংদা জপানিজশিংগা সেনম চীংজাওদা থেংনবা লান্দা শিখিবনি। গাড়ী ময়াম অমা লাক্লুনা অশিবশিংদু পোৎলোইনবা পুথখ্রে। শিরগা লোইরবা মপোক অসিগীদমক অসুক য়াম্না পুন্সিবু পাম্মুনবিবসি কবিগীনো খন্ন-খন্ন অঙাং থোইবা মমাগী মনাক্তা অমুক চঙলকই।

শাজৌ নুমিৎ হুম্নিগী মতমদু পুক্লিং ৱাবনা হেনখিবনা হৌখিফম খঙহৌদে; নুংশিজরবী মহাক্কী নুপীগী মনাক্তগী খোঙকাপ অমা চৎথোক্লিংদে। মহাক মশা চানি থক্লি কাউখিবতা নত্তনা মীকুপ ফানা তূম্লক্রবনি ; ডাক্তরনা মচি অমদা পোখাক্লনবা পীবা পাউতাক ইনখিদ্রে।

বোম্না মখোঙ মখূৎ ককখ্রবা, মশাদা নোংমৈ মরূ ফুল্লিবা অমদি লোকখাদা গাডীনা নল্লুরবা সিফাই ময়াম্না শঙ পূম্নমক থন্না লৈ, নাহেখোলনা পূম্লিল নিল্লি। থোইবা ময়ামদুগী অৱাবদা শরুক য়াই, অদুবু মপাদি পূম্নমক্তু তাখি উখিদ্রবগুম তৌই। ডাক্তর তোয়না চঙলকই, কুপ্না য়েংলৈ, থাবল্লেগী ফিভমদি অহোংবা লৈতে। শাজৌ হকচিন্না খনবা হৌরে — থাবল্লেনা অমুক হন্না হৌগৎলক্রবদি লাল্লকসিদা পিল্লিবা অঙাং অনীনা মমা কৌদুনা কপ্লকপদা মহাক করম্না খাঙগদৌরি। যূম্লিংননা হোৎনরকপদা থাবল্লেনা লৌরকখিবা অৱাবা থৌদাং ময়ামদুবু করম্না শীংথারোই, কাউবসু খক ঙম্লরোইদবনি। মচা পোরগা লৌ খাওখিবীনি। নৌনা শাজখিবা য়ূম কুপ্লবা অঙম্বা চীংদগী মহাক্না হোনখিবা ইয়াম অউবা খুদিংমক্না ঙক্লখিবনি, মহাক্না হুমাং শিন্থখিদবা করম্বা নুমিৎ য়াওখিবগে। চেঙ ফংদ্রবা মতমদা মাইরেল মচেৎ অমনা নুমিৎ নীনি লেনমিন্নবদা মোমোন মীনোক হনখিদবীনি। ফৌ শংবাই অমা পুরুনবা চীংলোন কয়া লান্দুনা অনাল মতাওগীদা চৎমিন্নবদা মহাক্না উৎখিবা অৱাবা খাঙবগী পাঙ্গল হৌজিক কদাইদা মাঙখ্রে, অসুক য়াম্না অশোনবী, পাঙদবী ওইখ্রবা। মনেম-মকুগী

সেবা মতোন লোম্নবা হোৎনবদা ব্রাজখিবা, অঙাং অনীবু মহৈ তমহনবগী থৌরাঙদা শাগৎখিবা মঙলান, পুন্সিনা মীখা পোন্দনবা লাংখিবা খ্বাংচেৎ, পূম্নমক নিংশিংলুরগা শাজৌ নারিবী মহাকপু হিপফমদগী চিংখৎনিংখি । অব্রাবা মচা লেম্না মাঙদে, নারগা ফগন্দে হায়বদু তারগদ্রা, ফত্তবা ব্রাখল পরেং মহাক্কী মাঙদা মরী মরী লাকই। অসুক কুইনা পুমিন্নরক্লবা থৌদাংগী পোৎলূম পূম্নমক মথন্তগী কোকথক্তা থোঙ্গৎলম্লগা চৎখিবা য়ারোই হায়না শাজৌ মিৎলু ঈহৌরকপা থিংবদা খা চিক্লা খাঙলি। ডাক্তরনা নাকল অমদা যমগী দুতশিংনা নাকল অমদা লেপ্নরগা থাবল্লেগী থব্রায়গী থৌরী চিংনরিঙৈ মতমসিদা মহাক ব্রাকৎফম থিরকই, চান্নবীগী মখূৎ চেৎনা পায়দুনা শকউদবা ঈশ্বর মাবু পুক্লিংনা খোয়দাজবা মিংখৈ শোন্দুনা হায়জরকই, “ হে কৃষ্ণ, হে প্রভু, ননাইসি লাঞ্জদবীনি, অব্রাবনা মশরুক ওইজরক্লবীনি। মাগী চহী নৌরি, সংসার থাদোকপা মতম চাদ্রি। মাগী পুন্সিনা অসি য়ৌনা তেল্লবসু ঐনা হিংফম থোকপা চহীগী তঙ্খাই অমা মঙোন্দা হাপচিনবীয়ু। মচাশিংগী থৌদাং পুহনবীখো। ননাইগী ব্রাকৎ তাবীয়ু।”

শাজৌনা মচাবু থিরকপদা মমাগী মখোঙ কোন্দুনা তূম্লস্মী। মদু উরুরগা মহাক্কী থস্মোয় হেন্না হেন্না পুবা ঙমখিদ্রে। ফিভম লূশিল্লক্লবা অনাবগী ফমশেনবা হায়বসিমক্তবু মীশক খনবনি। নহা ওইরিবা শাজৌদদি খাঙঙমদনা ব্রাবা মহৌশানি। অরোইবা পূংফম লাক্লবদি পূন্না চৎমিন্নখ্রগে তোয়না থল্লকপা মতম্নি ।

মরিনিশুবা নুমিৎকী নুংথিন্দা কর্নেল ডাক্তর অতোপ্পা তেংবাংবা অনীগা চঙলকই। হীদাক অমা কাপ্লগা ডাক্তরনা গ্লুকোজ য়াল্লস্মী।মহাক্লা অতোপ্পা ডাক্তর নহা অনীদুদা চেকশিন্না হায়, “ ডিপ্রেসন উইথ মেলেরিয়া এতেক, কিপ ওন কিয়রফুল ব্রাটচ।”

মখোয়না ঙাঙনবদু মপা মচা অনীমক তায়। শাজৌ মরোল করিমত্তা খঙদে। অদুবু, ডাক্তরশিং চৎখ্রবা মতুংদা থোইবানা মঙোন্দা কুপ্না শেন্নৌ হায়রিবনি তাক্লস্মী ।

থাবল্লে মমিৎ পাঙদে, কৌবসু খুম্লক্তে, য়াম্ফক্তা তারবনি। নুংশা থীবনা লাকহৎলবা শাজৌ তান্নফম লৈতবনা মচানা করি খল্লি খঙনিংলকই।

“ইবুংঙো, নমাগী ফিভমসিবু .....?”

" বাজী, ইমা করিসু তৌরোই, শোয়দনা ফরক্কনি । "

" ইচা লৌশিং চাউবনি, চুম্মি ফরক্কনি । অদুবু য়ূম্লোমদগী মী খর কৌসিরা ?"

" য়ারোই বাজী, মফমসিদা সিভিলিয়ান অমত্তা চঙহন্দবনি। ডাক্তর সাহেবনা ঐখোয়বুদি নুংশিবীদুনা পুশিনবীবনি ।"

" হে ঈশ্বর ! ঐখোয়না তৌগদবসি করিনো ! চুম্মি ইবুংঙো, নমা শোয়বা য়ারোই।" শাজৌ অঙাওবগুম ঙাঙলে।

তূমদবগা চাদবগা অনী পূনখিবদা শাজৌ ময়েং য়াম্না তারে। থোইবানা কন্না থেম্বদগী মহাক দবলরুতি মচেৎ অমদি শঙ্গোম গ্লাস অমগা লোয়ননা চাশিনখ্রে । শাজৌ ঙাইহাক উইথরুবগুম তৌই, মখোয় অহুমতা লৈবনা পূমচীক চীকপা সংসার অমা ওইরি । নর্স অমনা অচা-অথক অমদি ঈশিং পুরক্কুনা থোইবাদা শিন্নরে । মহাক্না থেম্বদগী শাজৌ খরগা চারে। থোইবা অরাম্বা ফাওদ্রবগুম ঈশিং খজিক্তুং থক্লগা মমাগী খুয়াদা তূমথখ্রে।

শাজৌ থাবল্লেগী লাইবক্তা কারকপা হুমাং অনপ্পা ফিজিনা তৈথোক্তুনা নুংশিরবী চেংলৌবু মুন্না য়েংলম্মী, তূম্মিংবা মাঙখ্রে । খঙহৌদনা নিংশিংলকপা অমনা অসুম অসুম পুথোরকপনা মহাক খরূংপাৎ ঙানৈফমদগী ময়ূমদা হল্লক্লি ।

# ৪

— অশংবা য়েল্লাং, হানৌনা কুপ্লবা খরূং পাৎকী অকোয়বদা লাঙনখিবা মীয়াম মরক্তা লৈ-লৈদুনা য়েংলুবদা উখিদ্রবী নুজা অমগী শক্তম পুদুনা শাজৌ য়ূম হল্লকই। কৈরক মচীন্দা পোৎলোকপা লেপ্লম্বশিংগী মরক্তা মহাক্কী মপাসু য়াওরম্মী। নুমিৎ তাবা মতম চপ চানা ময়ূম থুংলখিবা শাজৌগী ঙা য়েংবা লাকপা মী য়াম্মি। মহাক্না অদুক য়াম্না ফারক্কনি হায়বা কনানসু থাজনরুদবনি। লৈকাই নুপা পূম্নমক মথং ঙানৈবদা চৎনিংবা ফাওনখ্রে। অদুবু মহাক্তি ফাবগী ব্রারী লোত্তুনা থম্বগুম কনাদসু লীরমদনা তোমালগী য়ূমদা লাক্লম্মী।

অয়ূক্তগী থবক চৎমিন্নরুবনি, শাংলবা লম্বীদা হনমিন্নরকপনি, তুংদসু মীকুপ কাংদনা উনগদবা লৈরে, মদুমক্তদা করিগীনো শাজৌনা তহ্য তহ্য লাক্লিবা ; তোমাল মুন্না খন্দবা ঙমখিদে। ব্রারী শাননিংবনা লৈঙমদ্রবা শাজৌনা তোমালবু য়ূমদগী লাপ্না পুথোরকখি।

য়াচংবগী নুংশিৎ শহুমদা কাঙগী শয়োম শয়োম্না নাকোং ব্রাইশংহন্দবা হৌরক্লে। নোংচুপ অতিয়াগী মচেৎ নাইরিবা থাজগী মঙাল মালেমদা সনবা হৌরবনি। তোমালগী খঙনিংবসু চাউখৎলক্লি।

" করি ব্রা লৈরবগেনে ? য়াম্না লুথনা খনবা উই।"

" খনবগীনি, অদুনা তা-তোমালগা তাননিংলিবা।"

" করি অরোনবনো ? অচীকপা হায়ববু অসি মঙায়রে, তারসি।"

" পাৎতগী হল্লকপদা  হায়নিংবনা খ্রো খ্রো খোৎখি, অহলশিংগী মরক্তুদা তাঞ্জা লৌবা য়াখিদবা ।"

" হায়রোনে ।"

শাজৌ হায়ফেৎ চীং-লেম্মা নোকই, " তা-তোমাল, ঙসাই ঐখোয়না পাৎ কূম্লমদাইদা ওইরোমগী কংফান্দা নুপী খরসু শেম-শাইদনা, মখোয়গী মরক্তা ইথোই থোইবী লৈশাবী অমা য়াওবদু উখিদব্রো ?"

" কনা লৈশাবীনোদা, অদুক য়াম্বা মরক্তুদা,  লৈশাবীগী লৈশাবী ঙাক্তনি করিনো ।"

" উরুবা য়াম্লবসু কাউদবদি তাঙবনি ।  ফরে, তা-তোমালনা উখিদ্রে। ময়ামদুগী মরক্তা থোইদোক হেন্দোকপী অমা য়াওই ।"

" অদু কৈদৌরবা ?"

" মরমদুনি । মাবু উরুবদগী করিনো ঐ ইঙাও ঙাওরে, পুক্লিং ইরাঙ লাঙখ্রে ।"

" করি লমগী লৈশাবীনো ? মমাঙ খঙনা উনখিবা লৈব্রনে ?"

" ঙসিতা থেংনবনি হায়রগা, অদুনসু খর হেন্না পোত্থাফম খঙহন্দ্রে।"

" নঙগীদু পঙঙাওনি, মীশকসু খঙদনা।"

" মায় থাদোক্লবগী মহৈনা  লৈফম্বুদি খঙহৌরেদা।"

" করি খুন্দগীনো ? "

" ব্রাবগাইদগীনি ।"

" ব্রাবগাইদগী ? করম্বা মফমদগী ?"

" উরোকথোং ময়াদগী ।"

" মমাঙ থেংনখিদ্রি হায়বদাইনে ?"

" তাক্লম্বদগী খঙহৌবা ।"

" নঙনা হংহৌরিব্রা, করম্বা মতমদা ?"

" খঙনিংমনখিদুনা ইকাই ইকি হুন্দোক্লগা মনাক্তা নকশিল্লুবনি । অদুগীদমক ঐ তা-তোমালদগী লৈথহৌরিবদুদি ?"

" মশানরো তাক্লম্বদু ?"

" নত্তে, লোয়নরকপী মৌ অমনা ।"

" মমিংদি ?"

" হংবা নংহৌদ্রে। নুপা খর ফরক তাশিল্লবদগী মখোয় লাপথোকখ্রবনি।"

" অদুগা তুংদসু হায়ন-ঙাঙনবা তাঞ্জা ফংখিদ্রে ? "

" ফংখিদ্রে । ঐগী মিৎয়েংদগী মাঙখিদনবা কন্না হোৎনজৈ, য়াখিদে, মীনা য়াম্মনখিবনা। মতুং ইন্নদুনা ফনা কুইনা চৎচৈ, কদাইদগীনো শরেং অমা হেক উপ্পুরে । মদু ফানবা হোৎনরুবদা কয়াদি কুইনা চঙখ্রে । কংফাল য়ৌনা অমুকসু কাখৎলুরেদো ।"

" নঙদি পাৎয়াইদুদা জাৎ জাৎ তৌরম্লেনা ।" তোমাল নোক্লম্মী ।

" মিংগা লৈফমগা মুন্না খঙদোক্কে কন্না হোৎনরুবনি, মপূং ফাহৌদ্রে। অদুমকপু ব্রাবগাই উরোকথোং ময়াদগীনি হায়বা ফাওবদি খঙহৌরেদনা ।

" মৌদুনা লক্লবদা শেরান্নবা তাকশিল্লম্বা ওইরম্লবদি নুংঙাইরেহে, অশেংবা লৈফম্না ময়াং-ইম্ফালদগী ওইরম্লবা ।"

"মোইরাংদগী ওইরম্লবসু মহাক্কী খোঙ্গুন্দদি লীরগনি ।"

" ফাগি তৌবনি, পাৎ কূমদ্রিঙৈদা মহাক্না লেপ্লম্ফম য়েংলুরগদি হিয়াংলম, ব্রাবগাই, লমজাও, লাংমৈদোং, এলাংখাংপোকপী, কৈরক নত্রগা ককচিংদগী ওইফম থোক্লে ।

" ককচিংদগী অমা নৎত্রে । অদুক য়াম্না ফজবী খুলসিদা লৈতে ।"

" নঙগীসি খর হায়মল্লেকো ।"

" ব্রাৎলিবনি তা-তোমাল ।"

" হল্লক্লমদাইদকা অমুক হন্না থেংনরম্লবদি নয়ূম কাউবগা মতুং ইন্নদুনা অদুম চৎখিরমগদবা মাল্লিবো ।"

" মদুমক হায়বা য়াই ।"

" অসুম ইন্নখিবদা তেন্থারোমদা হাইগৎখ্রবা, পোকঙৈদগী খঙনদ্রিবা ইমুং অমদা থুংলুরবা, কুমহৈদু ফজরে ।"

" হেলোয় ওক্লবদগী লম্মাংনরক্লে হায়রেদনা ।"

পাখং অনীনা কন্না নোকপদা নেম্না পাইরকপা শেকপী শঙ্গু অমা খংদুনা মায়কৈ ফাংনা চাইখাইখি । তন্নিবা পাউদা চেন্নরিবা শাজৌগী নুংগী

নুংঙাইবা তোমালনা মরীক অমা মাঙহন্নিংদে। মহাকসু থৱায় য়াওশিল্লক্লে।

" ফজেদি হায়রে । তীঙদা-য়াঙদা, কুচু-কুমেন, মরেপ-মঙান, মিৎতা-নাতা অমুক্তদি শীংথারকউ।"

" সনাগুম লংলবা মায়থোংবু চেকশিন্না ঙাক্লিবা ককপা কুইদ্রিবা লাইবক্কী শন্নাং অমসুং সাইনোল অনীনা চহী নৌরি তাক্লবসু লাকমিন্নবী মৌ অদুদগী ফনা হেন্না ৱাংঙি। অয়েংবা খুদিংমক্কা লাই মচানি হায়গনি।"

" নঙগীসি খর হেঞ্জিল্লেদা ।"

" তা- তোমালনা উরবদি কনাগবু চাংদম্নরমগদগে, থোইবী নত্তবা অতোপ্পা অমা লৈখিগদ্রা ?"

" ফরে, উরুবগী পাউদুদা নকশিন্নবা য়াবগী ৱাদি য়াওরিব্রা ?

" শম্না হায়রবদা ইকাইবা পীরক্কদবা মান্দে ।"

" পাম্মল্লুরবদি শাওরক্লবসু হরাওনা য়েংলক্লিবোই নিংবনিকো, মদু নিংশিংঙু ।"

" মদুনা ওইরব্রা, মহাক্কী মিৎয়েংদু ঐগী থম্মোয়দা তিঙ তিঙ পাল্লি ।"

" থিনগাইরম্বনা নিত্তুনবু লৈহৌরমাল্লে ।" তোমালনা পাংশিল্লিকখি। " অদু হৌজিক করি তৌসি হায়রিবা ?"

" হয়েংদগী খোঙ্গুল লীরুরসি হায়নিংলিবনি।"

থাজগা মায়োক্লনা লেপ্লিবা তোমাল ঙাইহাক লুকথদুনা খল্লুই, শাজৌগী চেন্থরক্লিবা পুক্লিং লমজেল থৎনিংদে ।

" শাজৌ, খন্থবা খরদি চঙঙি ।"

" অদুবুনি ঐনা হায়হন্নিংলিবা।"

" অদুক নীংথিবীদুবু উবসি নঙনা অহানবা পাখং নত্তে।"

" চুম্মি।"

" অদুগা খুঞ্জা পাখং কয়া মহাক্কী অকোয়বদা লৈরমগনি।"

" শোয়দ্রবনি।"

" মথংদা মমা-মপা অমত্তনা মচা নিঙোলশিংবু খুল্লানবা পাখংদা থাজনিংদে। "

" মদুসু খঙনরবা ৱাফম্নি।"

" অরোইবদা, নঙবু লোই পাখংনি হায়গনি।"

" মদুদনি নুংঙাইজদ্রিবসি, লোই হায়বা ৱাহৈদুনি য়ানিংদ্রিবা।"

" নুংঙাইতে হায়দুনা কৈদৌরুনি, হৌজিক ফাওবা মখোয়না ঐখোয়গা চারৌ-মৌরৌনদুনা ঙাইগী মরী থম্মিংদে।"

" মদু য়ারোইদা, অরানবা ৱাখলনি।"

" হোয়নে, মদুনা নঙ ঐগী ৱানি, মখোয়না হায়রিবনা ধর্ম অমসুং সমাজগী চৎনবী ঙাক্লিবনি অসিনি।"

" অদুদি ঐখোয়বু খঙবা ৱাৎলে। মখোয়দগী করি হন্থরি।"

" লোল খোইনা ঙাঙলি।"

" চুম্না ঙাঙলবসু য়াবদুবু । ইশাগী অশোয়বা থিদনা কনখৎনবতা হোৎনবসু ঐ পামদে। হায়বদি খোইনা ঙাঙবা তাবদা নুংঙাইতে। খোইনা ঙাঙবা মী খুদিংমক্লা চুমথোক্লবা হোৎনবা ফৈ । অদুবু কাঙলুপ অসিনা খোইনা ঙাঙখিবগী মরম অতোপ্পশিংনা খঙদবগুম তৌই।"

" অহল লমনশিংগী ৱারীদু য়াম্না শাংঙি, শমজিনসি । হৌজিক ঐখোয় ধর্ম অমত্তদা লৈমিন্নরবা মৈতৈ কাঙলুপ্পি, খেন্নবা মিৎয়েং থাদোক্লফম থোকই ।"

" অহৌবা অমসুং অরোইবদা ঐখোয় মীওইবা জাতিনি, অমত্তনি । তাইবং মীওইবা মশেনবু মাংঙি শেংঙি হায়না কাঙলুপ খাইদোকহনবা ধর্মদু অফবা নত্তে, অচাওরম কৌই ।"

" নঙ শঙ্করচার্য্যগী অশেংবা সেবক ওইরম্লেদনা ।"

" ঐগী ৱাখলসি মায়থীগনি হায়বগী অকিবা লৈব্রা ? তা-তোমালগী ৱারেপ্পা ঐগীদি অরোইবনি ।"

" করিগী মায়থীজরুনি, হয়েংদগী হৌনা লৈশাবী অদুগী খোঙ্গুল লীরুনবা ঐ থৌরাঙ তৌরে ।"

শাজৌ অপেনবা অমদি হরাওবনা তোমালবু চেৎনা কোল্লম্মী । খুল্লক্কী য়ুমশিংদগী মৈঙাল ফাওরক্লে। ষনবোই তানবা হূইশিং কন্না কন্না খোংনরকখি। নুংথিল চূপ্পা ঙানৈরুবগী চোকথরবা পাখং অনী ময়ূম ময়ূমদা চঙনরে।

নোংঙানবা ৱানা ঙাইরকখিবা শাজৌ অয়ূক্তসু থবক ইথ্মাং অমত্তদা

পুক্লিং চঙদে, তোমালগা থানখিবা মতম অদুতনি নিংশিংখিবা। ঙন্তা চাক চাথোক্লগা মহাক মফি হোংবা হৌই । মচু পানবা হঙ্গামপাল খুদৈ অমা শেৎলি, কুম্লং অরাংবা ফুরিৎ শাককপা অমা লিৎশিল্লে, মকোক্তনা অশংবা খুদৈ য়েৎলম্মী । ঙকশমদা উরিক-লুগুন, লেংবান্দা হাকুম মপানা ঢাকাদগী লৈরকপা ছাটিন, মখুৎ য়েৎতা অঙাংবা লীচৈ ; শাজৌ লম্বা লৈতনা চীং লেমখ্রে । ময়ুমগী অহলশিংদদি খুল্লানবা মরুপশিংগীদা কোয়বা চৎপনি হায়রম্মী ।

তোমালসু লুহোংখিবা নুমিৎমুক লৃনা, তরু তরুবা ফি শেৎতৃনা থোরক্লে। মখোয় অনী নোংচুপ পাংনা নুমিৎকী মৈশা কন্দ্রিঙৈদা খোঙশানবা হৌরম্মী ।

তোমালনা শাজৌদগী নাউরোল অমা হল্লি,লৈখিদ্রবা ময়াম্বগী মরুপ ওইরম্বনি,হৌজিক্লা মহাক শাজৌগী থানবা য়াদ্রবা লোয়নবা ওইররে । তোমালগী থবক খুদিংমক্তা শাজৌনা মশামক্কীনি খল্লি, অদুগা তোমালসু শাজৌগীদক্তদি শিবা কিদনা চোংথোকই । তোমাল খর ফিংলবসু তৌগদবা থবক্কী ব্রারেপ লৌবা য়াম্মা থুবনি । শাজৌনা খোঙফম হোংগন্দে । মরম অদুনা মখোয় অনীনা তৌসি হায়না লেপ্পথ্রবা থবক পাঙথোকপদা মায় পাকপনা য়াম্মি । তোমালনা মুক্লাদা মনম লৈবাক তারক্তবগুম শাজৌবু লমজেন্দা নম্বীগদবা মীসু তাঙনা থোকই ।

পাখং অনীনা লাকখিবা লম্বী ইচীক চীক্লম্মী । লম অমদগী হেন্না পাক্তবা লম্বীদা তহা তহা খোঙকাপ কানবা য়াদে ; ষন-ইরোইশিংনা মোন শেমদুনা লৈকুৎ- লৈতোং নাইহল্লে । শীঙমুৎ-শীঙনাং, খিক্লোই-যাঙ্গেন্না খনথ্রবা লম্বীগী নাক-য়েৎ খম থেংনা শোংবনি । লম্বীগী লীখুন ইন্দুনা অসুম লাকপনা কৈরক লাম্হোরকপগা সেকমাই তুরেল তোঁবান লম্বী ফংনবা মখোয় চঙশিল্লম্মী । থেংনবা মী খুদিংমক্লা মখোয়গী লাকফম, চৎফম অমদি থবক হংখি । অশেংবা লৈফম তাক্লবসু চৎলিবা থবক্কী মরম লোৎপদা মখোয় হৈ-শিংঙি, শগোল থিবা চৎলিবনি হায়বসি মখোয়গী পাউখুম্নি । তোমালনদি শগোলগী মচু ফাওবা তাকখি ।

ফনা য়াম্মা শাংনা হাইথরকপা লম্বীদা মখোয় উরোকথোং অমত্তসু থেংনদ্রি ।

" মৌদুনা নঙোন্দা ফাগি তৌবকাদি ওইরম্লোইকো? " তোমাল চৎপদা ৱারবনি ।

" ফাগি ওইরবদি মখোয়গী পাপ-চাউগনি, মরমদি ঐগী পুক্নিং খোয়রাংবা হেনগৎহল্লে, তা-তোমালবুসু ঐনা হেন্না হেন্না ৱাহনগদৌরি ।"

" হাই নুপা, ঐগী খঙনিংবসিদগী নঙগী উনিংবনা হেল্লোই ।"

" থরায় য়াওবীবা অসিগীদমক থাগৎচরি ; মায়পাকপগী থাজবা চাউহল্লে। অদুবু তা-তোমাল, ঙসিগী খোঙচৎসিদা লৈফম থিবদগী হেনবা অতৈ মখাদি লামথরুবা ঙমগদবা মান্দে ।"

" মহাক্কী হৈনিংবদা লৈরে । ঐখোয়গী ইরাংসি মখোয়গী মীশিংনা খঙখ্রবদি মতুং লম্বী থিংখিবা শোয়দ্রবনি । অদুগা থাজ-য়োঞ্জখ্রবী ওইরম্লগনা খুদোংথীবা নংবসু য়ারিবা।

" অদুগী ৱাবুদি, ফজবী অমত্তা খুন্দগী লান্থোকহনখিদনবা হোৎনবগীদমক হায়নরিবা লমদম্নি ।"

" মদুদি মখোয়গী খুলসিগী ৱা ঙাক নত্তেদা । অদুগা অমনা, নঙগী ৱাবীদা লৈশাবীদু থৱান্মীচাক্কী মথক লান্না ৱাংখ্রে, লৈখোঙ শঙবা য়াম্ফম থোকই ।"

" মখা য়াম্না তাবীরক্কনু তা-তোমাল, পুক্নিং য়াম্না ওলাংলি ।"

" ঐখোয়গা লেংগা ওইবা মবুং লৈরম্লবদি নুংঙাইগদবা ।"

" করিগীনো ?"

" মকুপ শানৈদনা, চঙথোক চঙশিন্দা অপনবা লৈতনবা ।"

" মদুদা খুরৌ চেন্দুনা ৱাকায় ওইরোইদ্রনে ? "

" চৈরাক কনবা নবাই লৈরন্বদু ফরবনি । মবুং লৈতবা লৈশাবীশিংগী অশোয়বা ঐ য়াম্না উরে । মবুংশিংবু ঐখোয়না ইকাই খুম্ন গদবনি, কিগদবদি নত্তে ।"

তোর্বান অশোঙবা লম্বীদা অসুম ৱারী শানদুনা লাকপদা ইরাপ লাপ্তুনা উরোকথোং অমা উরে । মখোয় ইখং খংবগুম ওনশিন্দুনা য়েংনৈ। অচৌবা উনা মখোঙ ওইরগা ৱানা খারা শাবা থোং অদুগী ময়া নক্না হিদেন অমা লৈ । থোংগী ৱাংমদসু খুলগী শরুক লৈবনা লৈশাবীগী ময়ূম

লেপথোকপদা লুনা থোকই । পাখং অনী থোং য়ৌশিল্লকপগা চপ লেপ্তুনা ৱা খন্নরম্মী ।

তোমালনা হায়," মমিং খঙহৌবসু নত্তে, খঙলবসু হংলুবা য়াবা তাঞ্জা থোক্তে । অসুম লেপ্লগা য়েংবা নত্তনা করি উপায় লৈরি।"

" হোয়, থিরি হায়রিবসিনি ।" শাজৌ নাক-য়েৎ য়েংবা লেপ্তে, " অকুৎপগী য়ুমসি মীবু অমত্তা লৈবা উদে ।"

" নুংশা কনবা মতম্নি, ইমুংদা পোত্থানরম্বা য়াই । ঐখোয় ঙাইহাক লেপখিসি ।"

তুরেল ৱাংমদগী অহল অমা য়াম্না তপ্না উরোকথোং লাম্থোরকই। মখোয়গী মনাক য়ৌরকপগা অহলদুনা মুন্না য়েংলম্মী ।

" ইচাশা, নখোয় কদোমদগীনো ?"

" খুড়া, খরা কন্না হায়বীয়ু, ঐগী নাসি নুংশিৎনা য়ৈখৎখিবদগী তাবা ৱাংলে ।"তোমাল শাজৌদা য়েংলগা নোক্লকই ।

" করি লমদগীনো ? " হন্দক্তি অহল কন্তক লাউরক্লে ।

" ও, ঐখোয় অথাপ্পদগী লাকচবনি ।" তোমালগী খোঞ্জেল য়াম্না লাপ্না চৎখি ।

" করি থবক্কীনো নখোয়বু ?"

" শগোল থিজরকপনি ।"তোমাল খোঞ্জেল হেন্না হৌহল্লি । "ফংলক্রুবসিদা ঐখোয়গী থবক অরেম্বা তারগদ্রা ৱারক্লে । "

শগোল থিবা মীনা অদুক লূনা নান্না চৎকদ্রা হায়বগুম পাখং অনীদা মুন্না য়েংলম্লগা অহল চৎখি ।

তোমালগী লৌশিং কান্নে, মহৈ য়াল্লি । অকুৎপদা লৈবা য়ুমগী লৈশাবী অমা খোঞ্জেলগী লাকফম মপা য়েংদুনা থোরকপদু পাখং অনীমক্তা চপ মান্ননা উরম্মী । লৈশাবীনা শাজৌবু শকখঙবদা মতম চঙখিদে ; নোকফেৎ য়েংলম্লগা ইমুংদা লৈশিনখ্রে। পাখং অনী ঙাইহাক লেপ্তুনা য়েংবদা মহাক মপান থোরকখিদ্রে। মপা লৈতনা ফজবীনি হায়বা তোমাল য়ানিংঙি, লোয়ননা থেংনবগী নুংঙাইবা ফোংদোক্তুনা শাজৌদা হায়, " অসিননিদনা ! চুম্মি, মশুংলাংগীদমক কনাবু কিরুফম থোকই । হেক্তা চঙলগা ৱারী শানবা য়াব্রা য়েংলসি ।"

থৌনাদু খর হেনমনব্রা খন্দুনা শাজৌ নীংজিং মাঙজিংনরিঙৈদা তোমাল থোঙ্গাল য়ৌশিনখ্রে, মহাক ইন্দবদি য়াদ্রবনি । অচৌবা মৈতৈ য়ূমজাও অদুগী দারি মচীন্দা লেপ্তুনা তোমালনা কৌরুই, " কনা লৈবীবগে ? করিগুম্বা অমত্তং হায়জগে ।"

য়াম্না ইকাইনা মপান থোরকখিবী লৈশাবীনা হায়রে, " ইমুংগী মী পূম্নমক মনীং পুখ্রী শিৎলি । তাকপীরম্বা য়াগনি ।"

লৈশাবীদুগী তহা তহাবা মিৎয়েংদা মতম কুইবা য়ারোই খঙনা তোমাল থুজিল্লকখি ।

" থম্মোয় নুংগী ঈখৌ লাংবা কোকচনবা নহাক্কী অমৃতগা মান্ননা থুন্নবা কোলোয় মিংলেনবু খঙজনিংবনা লাকচরিবা ঐখোয়নি । লোয়ননা, পাখং ওইবা ইনাও শাজৌগী পুক্লিংগী ৱারোল নহাক্না খঙবীরে অমসুং তাবীরে হায়না লৌজরগা ঐখোয় হরাওনা হঞ্জখিগে ।"

লৈশাবী য়াম্না ইকাইনা মাঙ্গোল ময়াইমক্তা চপ লেপ্তুনা লৈ । পাখৎপনা মহাক্কী লাইবক অমদি নাতোন নাকচি অনীমক্তা হুমাং থোক্লি । শাজৌ দারি নকশিল্লি, চীনবান অনী থক থক নিকই ।

" মশেম থাংজ নুমিৎতা ঐখোয় খুল অসিগী পাখংশিংগা শগোল কাঙজৈ শান্নবা লাকচগনি । নুমিদাংৱাইরম ঐ শোয়দনা হিদেনসিদা য়ৌজরক্কে । পুক্লিংগী ৱারোল অমত্তংদি থৌজানবীদুনা তাহনবীয়ু ।"

" থিবীরকখিবা লাঙ্গোই ফংবীখ্রে হায়না চন্দ্রানা খঞ্জহৌরবনি ।" ইকাইবা খাঙলিবী লৈশাবী ইমুংলোমদা চঙখ্রে ।

পাখং অনী মায় পাকপগী নুংঙাইবনা মশাপূম্বা লশিংগুম য়াংনা থোঙ্গাল্লোমদা থোরকখি ।



থৌজাল হৈবী মৌ অমনা ইরাং খঙনা পাৎয়াইদা ফোংদোকপীবম্বা ৱাহৈ খরগী মতেংনা, অতোপ্পা মীশিংদা হংলুবা নাইদনা চন্দ্রাগী ময়ূমদা মশামক্কা উনবা ফংলবদা পাখং অনীগী মায় পাকপগী আশা ৱাংখৎলক্লম্মী। মখোয়না মৌ অদুবুসু য়াম্না উনজনিংবনি অদুবু মহাক থিকুবদা মকা ফোংখিগদ্রা কিজবনা ৱাফমদু থাদোকখি । চন্দ্রাগী পাউখুম করি ওইনা পীরক্কনি খন্ন-নৈনবনা মরুপ অনীগী মথৌ ওইবি । শগোল কাঙজৈ শান্নগদবা নুমিৎতু মখোয় থৌরাঙ চাউনা তৌখি ।

থাংজ নুমিৎকী নুমিদাংৱাইদা কাঙজৈ শান্নবা লোইবগা শাজৌ উবোকথোং পাংলক্লম্মী । হৈবোং পাম্বী অমদা শগোল চেকশিন্না পুল্লম্লগা মহাক হিদেন্দা কুমদুনা মমায় মমিৎ তাথোক্লে। তোর্বান উখোঙদা পুনবা শগোল উবদা চন্দ্রা য়াম্না মীকুপ-নাহুম শিংনা সনাবুল পায়দুনা হিদেন কুম্লকখি। শাজৌনা লৈবা মফম নক্লা মহাক ঈশিং শোক্লে । ইকাইবগা হরাওবগা পুল্লবা শাজৌ ৱা ঙাঙথোকপা ঙমদনা লৈরে। মতম মাঙহনবগী চন্দ্রানা নুংঙাইতনা য়েংলকপদা মঙোন্দা থৌনা অমদি চোংথোবকখি ।

" থৌজানবীবগী পাউখুমদু ঙাইজরি ।" শাজৌ ইকাইনা হায় ।

" পাম্বীরিবা পাউখুমদু পঙলবী নুজাদগী তাবীরে খনবীরো ।" চন্দ্রাগী খোঞ্জেল খোয়থুম্লে । " অদুবু, য়ুম্নাক শাগৈ অমসুং লৈফম তাকপীদ্রি। ঐগীসু খঙবীরমগনি নিংজদে।"

" চুম্মি, হায়জগে। ঐগী য়ূম্নাক মোইরাংথেম্নি, লৈফম্না ককচিং।

নহাক্কীসু খঙজগে।"

" এলাংবম্মি। থোইদোক্লা কায়দ্রমাল্লে। অদুবু অরুবা ৱাফম অমদি লৈ।" চন্দ্রা শকফম হঞ্জিল্লপ হায়দোকপা ঙমদ্রবা ৱা অমা চীনবান্দা খামদুনা থম্বগুম লৈমায়দা খোঙবীনা তক্লি।

শাজৌ মায়থোং লাংশিল্লি, হায়দোকপসু থুখি।

" ঐ লোইনি, অসিরা ?"

চন্দ্রা খুমদে।

শাজৌ অৱাবগী স্বর শাংনা চিংশিল্লগা চাক্লা হায়রকখি, " অদুদি নীংজরুবসি অরেম্বা ওইরে ? "

" অচৌবা ৱাথোক ওইবা য়াবগী অকিবা লৈ, চেকশিনসি। পুকচেল চেৎপীয়ু, খোঙফম হোংজরোই।" থম্বাল মানবী মিৎস্না অনীনা শাজৌদা ৱারপ চাক্লা য়েংঙি।

সনাবুল মকোক্তা থোন্দুনা লৈশাবী মখোঙ থাংবা হৌই। চৎখ্রো হায়বগুম শাজৌদা অমুক্তং য়েংলম্লগা মহাক্লা অঙম্বা কাখৎলকপদা তোর্বান ৱাংমগী খোংনাং মরুমদগী নুপা অমা মখোয়দা য়েংদুনা লৈরম্লে।

শাজৌ তোর্বান লম্বীদা শগোল য়াঙনা থৌরক্লে। থম্মোয় নুংগী মশেক মঙাল মহাক্কী মায়থোংদা ফাওরকপা উরগা য়াম্না ৱানা ঙাইরম্বা তোমাল অথাপ্পদগী নোক্লকখি।

" নুংঙাইবা পাউ পুরকই ?"

" হোয় তাঞ্জা অমদি ফংলুরে, ৱাহৈ খর হৌদোক্লরে।

" ঈখৌ লাংবা কোক্লব্রা ?"

" তশেংনা মহাক্কী মেঙলবা ৱাহৈশিংদুনা ফনা য়াম্মাদি ঈংথহল্লে।

" নখোয় অনী ৱারী শানবদু কনানসু উখিদেকো ?"

" উখিদে, মহাকসু য়াম্না চেকশিল্লি।"

" ঐ লৈহৌরম্বা ফরিবনি।"

" মরমদি ?"

" কুইদ্রি পাখং খরনা নঙগী চৎফম অমদি মরম কুপ্না থিগৎলম্বা। ঐনা খুমখিবনি, নোংমা শগোল থিবা লাকপদা নঙ হিদেন্দুদা কৃমদুনা

মায়-মিৎ শেংদোক্লুই, যূম হল্লকপদা নঙগী খুদোপ য়াওরমদ্রে, মফমদুদা তারম্বা য়াই খন্দুনা য়েংবা চৎখিবনি । ঐগী ব্রা তারগা মখোয় মখা তারমদনা চৎখ্রে ।"

" হায়বদি, মখোয়না ঐবু চিংনরে ?"

" য়েংশিনবা লৈরবনিনা লুশিল্লক্লি । মরমদি মখোয়গী যূম্লোন-কৈরোন্নবা খুলগী নুপা নুপী কনাদগীসু মতেং লৌবা য়ারোইদৌরি ।"

শাজৌ ঙাইহাক লুথনা খল্লি । অদুবু নুংশিবনা থম্মোয় ফাজিনখ্রবগুম হায়, " ফজবী নিঙোল পোক্লফম লমদমসি হায়ফম খঙদনা নুংশিখ্রে । মখোয়না ঐঙোন্দা খূৎ থারবসু ঐদি হল্লরোই ।"

" নঙ অমা শোয়রবনি খঙজৌ, নশেল নবাইশিংগী খূৎতা শিজনি ।" তোমাল নোক্লবসু চেকশিন্না চৈরকপনি ।

" মহাকপু উদনা লৈবদি ঙম্লোইদৌরি ।"

" মথং উনবদদি চেন্ননবা মতম থানরম্বা তারবনি, তকশিনদবা য়াদ্রে ।"

" কাঙজৈ শান্নবা লাকপদা ঙসিগুম খুদোং চাবা লৌবা য়াব্রা য়েংলসি ।"

" হৈ-লৈগুম পৎ হেক থৎপা য়াদবনিনা য়াম্না কন্না তকশিল্লুরগা শাওদোকখিগদ্রা হায়বসু কিরিবা ।"

" মরমদুসু খন্নফম থোকই, অদুবু মসি অনুমান্নি । খুদক্তা অপাম্বা নুপা খন্দুনা বরমালা হুকপদুবু স্বয়ম্বর হায়বদি অচৌবা লুহোংবা কৌনরি । পূংলোনগী মতুং ইন্না জগোই শানবনি । তাঞ্জা-মেঞ্জা খঙনা থবক তৌবা হায়বসি মায় পাক্লবগী পাম্বৈনি ।"

পাখং অনী অসুম ব্রারী শানদুনা লাকপদা যূম নকশিল্লকখিবা খঙহৌদ্রে । মখোয়গী ব্রারীদা চামরক হঞ্জিনবা ব্রাফম য়াওখি । তোমালনা শাজৌবু লৈতানা পোত্থানবা হায়রম্লগা ময়ূম পাংখ্রে ।

হান্নদগী ইথা থাদোক্লদবা তোমাল অমসুং শাজৌ হন্দক মরক্তি অনী চৎপী মিংথোল ফংলে ; হঞ্জিন হঞ্জিন শানবা ব্রারীদা হেন্না হেন্না লূপশিল্লি । মখোয় অনী পূনখ্রবদি কৌরুদবনা ফৈ হায়নরে । মখোয় কনামত্তগী সংসার উদে । য়াম্না ব্রানা ঙাইরকখিবা থাংজ নুমিৎ লাক্লবদা

শান্নরোয় ওইনা মখোয় ব্রাবগাই কাঙজৈবূং তন্নকপদা ঙমখৈ লৈতনা হৈনিংবা পোল্লি ।

কাঙজৈবূংদা খুল অনীগী লাম্বা চাবা শান্নরোয়শিংগী কুমহৈ ভাবোকশিংনা মিৎ কুপ্তুনা য়েংনৈ । য়ূম্বু ওইবা কাঙবুনা লৈজবী খুৎ থাদুনা শান্নবা নুমিৎনি। য়েংবা লাকখিবা মীয়ামগী মরক্তা লৈশাবী খরসু য়াওরি । চন্দ্রাবুসু ইথা হেক থাজদনা শাজৌনা উরুবদা হৈনিংবা শরুক চামদা হেনগৎখি । মহাক্কী হৈশিংবা অয়েংবশিংনা খঙনৈ, থংন থংন পাঞ্জল অহুম মহাক্না চনখ্রবনি । হন্দকসু মহাক নুংশিৎকী মাঙ থানা পন্থুং য়ৌনবা কাঙদ্রুম পুশিল্লক্লি । ওন্থোকপনি, ষন্থীবুংদা কাঙদ্রুম য়ৈশিন্দুনা লৈখ্রে । ককচিংগী শান্নরোয় অমনা কাংদ্রুম থোমদোক্লুবদা ব্রাবগাইগী শান্নরোয় অমা মমায় মমিৎ ষন্থীনা কুপখ্রে । নমথীরবা মনম পুবতা নত্তনা ইকাইবা নংলবা শান্নরোয়না ষন্থী থোম্বা নুপাগী লেংবান্দা কাঙজৈনা কোৎলুই । মখোয় অনী ওনশিন্নদুনা কাঙজৈনা হাইনরবদা খূৎ অনীমক্কী মী চেনশিন্দুনা খামদোক্লে, অহলশিংনা মতুং শাওনদনবা খৎনখিবা পাখং অনীবু চেৎনা কোন্নহল্লি, শান্নবা মখা চৎথহনখি । হেক হৌবগা শাজৌনা পাঞ্জল অমা চনবদা চন্দ্রা চোংখৎতুনা খূবাক কন্না খুদোক্লুরে । মনাক্তা লেপ্লিবা পাখং খরনা মঙোন্দা খানা য়েংলকপদা মহাক মমায় পূমঙাং ঙাংখি,পাঞ্জল অতোপ্পা খুলগীনি নিংশিংলকপনি । অসুম ইকাইজরকপনা মথং য়েংথনিংবগী ব্রাখল মাঙখ্রবদা মহাক মমান্নবী অনীগা লোয়ননা কাঙজৈবূং থাদোক্লুল্লে । লৈশাবীদুনা শাজৌগী হৈনিংবা পুখ্রমাল্লে, মশা খংচোক চোকথৈ । নুমিৎতু ব্রাবগাই খূৎনা পাঞ্জল অনী থোইরগা শান্নবা লোইশিল্লে ।

নোংজুথা নক্লবনিনা কুমগী অরোইবা শীংনবা ওইরবনি খল্লুবদা ককচিং খূৎ নিংঙমদনা হন্নখ্রবসু তোমালগা শাজৌগদি কাঙজৈবূংদা লেপহৌরি ।

" চৎলো, কুইরকপদি য়াদে, চেকশিল্লু ।" তোমাল মতম মাঙহন্নিংদে ।

" করিগীনো চন্দ্রানা পোলোই ফাওবা য়েংলমদ্রিবা ? " শাজৌ য়াম্না খঙনিংখি।

" মদু খল্লুফম থোক্তে, খঙবসু ঙল্লোই । ময়ূমদা থবক লৈবগী ওইরমগনি। মহাক মফম অসিদা হৌজিক ফাওবা লৈরম্লবদি নঙনা করি হায়রুবা ঙমগনি, মমান্নবীশিংদুগী মরক্তা। মহাক্কী থৌরাঙ চুল্লিবনি ।"

" চৎখিবা মতমদা ঐঙোন্দা হন্না ফাওবা য়েংলমদে, মদুনা ঐগী পুক্লিং লাঙহল্লে ।"

" অরোনবা মরীনি নশানা খঙলবদা অমুক পঙথরিবা করিগীনো ? থেংখ্রবনি, চৎতুম চৎলো ।"

শাজৌ শগোল থৌখ্রে ।

শাজৌনা থোংখোঙ য়ৌরকপদা থাবল্লে পুন অমা পায়দুনা থোঙ্গান্দগী তহা তহা থোরকই । হিদেন কৃস্ফমদা লেপ্লিবা শাজৌগী মনাক নকশিল্লকপগা মহাক নাশোন পিক্লা হায়রে, " য়েংশিনবা মী লৈ, খুদোং চারোই, হনবীখ্রো ।"

পাখং মায়থোং লাংশিল্লি । ইকাই নুংশি য়ান্নবা অমদি নিংবা কায়বগী লৈচিলনা মথক্তা কুপশিল্লবদা লম্মাংনরবগুম তুমিন ঙাইহাক লেপ্তুনা লৈরম্মী । মঙোন্দা হন্না অমুক ওনশিল্লক্রবী লৈশাবীদা ব্বারৌরপ য়েংলুরগা মহাক হল্লসিরা খল্লকপা মিকুপ্তা অব্বাংথংবা তোর্বান্দা লেপ্লম্বা পাখং অহুমগী মরক্তগী অমনা লাউরকপা তায়, " হে, লোই পাখং ! নকোক কায়নিংদ্রবদি স্বাইদা মোংজরনু ।"

শাজৌ পিং লাওই, মঙোন্দনি পাখং অহুম্মা করেম্মদুনা নোক্লিবা । খঙহৌদে মহাক্কী নুংগী শা চোংথোরকখিবা ; শগোল খুর্জী য়াম্মা থুনা হৈবোং পাম্বীদা পুনশিল্লুই । চঙক্রবনা পুন থোনগৎপা ঙমদনা য়েংলিবী চন্দ্রা তম্মা মহাক তুরেল খোংনুংদা হোৎথরক্লে ।

" থবক তৌসি ।" পাখং অহুম চপ মান্ননা লাউখিবনি, "মী উশিৎতবা লোই মচাসি ।"

নুপা অহুম উরোকথোং লাম্হোক্কদবগী চেন্নরক্লে । শাজৌ চন্দ্রাগী মনাক নক্লা চঙশিল্লি ।

" ঐ লাক্তবা ঙল্লোই, নঙবু উদনা লৈবা ওইথোক্তে, থব্রায়সি নঙগীদমক থাদোক্কনি ।"

" হায়জবসি য়াবীয়ু, উনবা তারবসু খুলগী মী উরোইদবা

মফমদা ।” চন্দ্রা ইপা পাখৎলি, “ মখোয়তা নত্তনা অতৈসু লাক্লগনি, চৎপীখ্রো ।”

শাজৌ ব্রারৌনা নোকই, চেকশিন্নসু হায়রকখি, “ ঐ থাশি অহিং অমদা নহাকপু লৌবা শোয়দনা লাকচগনি, থৌরাঙ তৌবীরম্মু ।”

পাখং লৈশাবী অনীগী নকশিন্নবা মতৌদা খোইশাওনরবা পাখং অমনা থোংথক্তগী লাউথরকখি, “ লমহেনবীসিসু ইকায়গে হায়দেনে, মরু কোকথোকপনা চুল্লবনি ।”

থোংখোঙদা লাউনবা তাবদগী চন্দ্রা-মমা তফিং তফিং চেন্থোরকপদা পাখং অমনা লাউশিল্লম্মী, “ ইনে, চন্দ্রাসি লোইদা থাজখ্রগে খনবীরেনে ?”

“ করিনো ইবুংঙোখোয়, হায়নরিবসি ?” মমা ঙক্লবসু তপথবি । “ কৈদৌরবগে নুপীমচা ?”

চন্দ্রা ঈশিং পুন পুদুনা থোঙ্গাল কানশিনখ্রে । তোর্বান কাখৎলকপা শাজৌ তম্না পাখং অমনা খূদুম শীংদুনা হোৎচিল্লকপদা চন্দ্রা-মমানা থৎখি । “ লমলানবা মীদা অদুম তৌবা হৌনদে, ঙাইখো ইচাশা ।”

শাজৌগী মীচংদা লেপ্লীবা মাল্লুবা চন্দ্রা-মমা মৈবুনগা লোয়ননা কামথোরক্লে, “ লমকাদি হেনবা য়ারোইকো, উশিৎ থওইদবা শারদনা । মতুং মনাও নশক উৎচরনু ।”

ব্রাহৈশিংদুনা থম্মোয়দা য়ৈরবদা শাজৌগী মায়থোং খেগুম ঙাংখি। নাইতোম লেপহৌরবদা মহাক শগোল তোংখৎলম্মী, হৈনিংদবনা লশ্বী উদবগুল্লে ।

শাজৌ কাংজৈবূং য়ৌরক্লে । য়াম্না ব্রানা ঙাইরম্বা তোমালনা মহাক্কী মকশিল্লবা মায়থোং উরগা খঙনিংখিবনা ঙাইঙমদ্রে ।

“ কৈদৌরে ? উনরক্তব্রা ?”

“ উনরকই ।” শাজৌ খৌরী ফুনবগুম শোম্থাংনৈ ।

“ হৈনিংদবা মতৌ লৈব্রনে ?”

“ ব্রা অমনা নুংঙাইহন্দ্রে ।”

“ করিনো ?”

“ লাক্লনু হায়রি ।”

" শেংনা হায়দোরক্লে ?"

শাজৌ খুমদে, মশাবু ফাথজবগুম নোংপোক পাংনা শগোল তপ্না চৎহল্লি । তুংদা ইল্লকপা তোমালদা হৈনিং হৈনিংদনা হিদেনগী থৌদোক মরীক চূম্না তন্লে । মুন্না তারম্বা তোমাল চাউরপ নোক্লম্মী ।

" ধমকা ! ইকাইবসু পীরকপা, ঙক কেন্থোক্কনি হায়রমদব্রো ? ঐগী ব্রাদিনে কিরবদি মচীন্দা ।"

" চঙলুরবদি হন্দবদু নুপানি হায়নবদাই ?"

" কৈদৌঙৈ অমুক লাকসিগে ? হৈ-শিংদবদি য়াদ্রে, মরম চাদনা থৌনা ফরবসু মায়থীবা থিবা অপঙবগা অমহানি ।"

" হন্দক্তি মহাকপু চেন্নবা লাক্লসি।"

" পাউ পুবীনবা মীসু লৈরোই, অদুগী মথক্তা খুল ব্রাংমদগী পুরকপা নত্তনদি থবকসি লুনা থোক্কদৌরি । মদু খঙবদগীনি মহাক্লা হৈনিংদ্রিবা ।"

" ময়ূম্মক্তগী পুগনি, মতমসু হায়রম্লবনি ।"

" করম্না ? কৈদৌঙৈ ?"

" মদু খন্নসি, তা-তোমাল । মীনা উরোইদবা মতম হায়রবদি অমম্বা অহিং তারেদনা ।"

" অমম্বদা নুতিগী লুমদুনা লৈরুবা ঙম্লোই, অকক্লবা নুমিৎ থারম্লা ?

" চাওরাকপা নুমিৎ অমদি হায়রম্লে ।"

" করিনো চাওরাকপা হায়বদি ?" তোমাল মাঙদা চেনবা অচৌবা লমহূই অনীদা য়েংলুবনা শাজৌগী ব্রা হেন্না ফাবা ঙমদে, " চাওরাকপা মতম থাবনা চৎনবা য়ারোই ।"

" থাশি নুমিৎ অমদা শোয়দনা লাক্কে হায়রম্বনি ।"

" করি থাগী থাশিদনো ?"

" অকক্লবা হায়রমদে, থাশি অমদা খুদোংচাদ্রবদি মথং অমদা ।"

" লৌশিং লৈবা মীগী ব্রাঙাঙ মাল্লি । ঐখোয় থাশি নুমিৎ ঙাইবা তারে ।"

শুক্লবা লম্বীনি, নুংথিলগী মতম ফাওবদা মী অমা অনীতা চৎপদা হঙ্গোয়নৈ, কৈ থেংনবগী পাউ তত্তনা তানরিবনি । শাজৌনা অমম্বা অহিংদা

পাওথোক্কে খল্লিবা থবকসি তরাইনা লৌবদি য়ারোই হায়বসি তোমাল মুন্না ব্রাখল তৌই ।

নুমিৎ তাখিবগা শান্নরোয় অনী ময়ূম থুংলরে । মখোয়দা পাঞ্জল পোরকপগী নুংঙাইতবা ব্রাখল লৈতে, চন্দ্রা উননবা উপায় খন্নবদা সংসার কাউদুনা লাকখ্রবনি ।

থাশি নুমিৎ নকশিল্লকপদা শাজৌগী ব্রাখল পোৎলূম অসুম অসুম হেনগৎলকপনা লৈতাদে । চন্দ্রানা শেম শারমগদ্রা নৎত্রগা করিসু থৌশাদনা লৈথোক্লমগদ্রা হায়বসি খঙনিংবনা মহাক পোত্থাফম খঙখিদবনি। নোংমদি মহাক সেকমাই তুরেলগা তাইনবা মনীং চীংগী মতোন লোম্না কাখৎতুনা চন্দ্রানা কুম্ফম হিদেন উবা ঙন্থ্রা য়েংলুই । উবা ফংদে, নীংবা কায়না হল্লকখি । নুমিৎদাংব্রাই খুদিং কৈরক খুঞ্জিল য়ৌনা শগোল থৌই, তৌফম খঙদবনি, কান্নফমসু লৈতে । নোংমসু অঙাংগুম লফু তুঙ্গা মকক মকক্তা 'থাশি' 'থাশি' ইরগা মখোয়গী হিদেন্দগী তাওথহনখি, চন্দ্রানা শোয়দনা থেং-গনি, মহাক্কী পাউজেলনি খন্না নুংঙাইজবনি ।

মচানুপাগী হোংলক্লিবা মওং উরগা শাজৌগী মমা-মপানা তোমালদগী চপখৎতুনা ব্রারী ব্রাখোঙ পূম্নমক খঙদোকখ্রে । নুমিৎতুদগী চৎথোক-চৎশিন্দা অথিংবা থমখিবগা লোয়ননা মখোয়না অহিং-নুথিল কুপ্না শেন্নখ্রবদা শাজৌ তোমালগী মতেং ফংগনি থাজরক্লে । থাশিগী থৌরাঙমক্তি মখোয়না খঙখিবা লৈত্রি ।

তোমালনা খল্লিবসু নুংথিল ফাওবদা হঙ্গোয়নরবা লম্বীদুদা অমম্বা অহিংগী মতমদা শাজৌ মথন্তা থাদোকপা অফবা থবক নত্তে হায়বসিনি । অদুগা শাজৌনা অতোপ্পা মী হৌরুবদা য়ারক্কনি হায়বসু থাজদে । মখোয়না থৌনা পুথোক্তুনা চৎলুরবসু চন্দ্রানা অমম্বা লম্বী কিদুনা খাংখ্রবদি শোয়রবনি । তাইবং মীওইবগী অকিবা থৈনবা হোৎনবদা তমথিবা শা-কৈ থওইদবা য়ারোই ।

কালেন থাশি নুমিৎকী নুংথিন্দা তোমালগী নুপী ললিতানা শাজৌবু কৌদুনা ব্রা খন্নে, অহিংগী থবক্তু তোক্লবা কন্না মেল্লি । মহাক শাজৌগীদমক শয়েঙ য়াম্না তিংজবীনি, অদুবু থবক অদুদি পুক্লিং থৌগৎপা ঙমখিদ্রে ; নুংশা থীবনা হেনখিবনি । মহাক্কী ব্রাফমদি নুংথিনগী মতমদা হোৎনসি,

তাঞ্জা য়েংসি অসিনি । শাজৌ য়ানিংদবা উৎলমদ্রবসু পুক্লিংদদি পাঙথোক্কে লেপ্লি । মহাক তোমালবু ব্রারৌদে, মরমদি মহাক্কীদমক ময়াম্বা শকপা তোমালনা মথ্বায় থাদোকপা ঙমগনি হায়বা ফজনা খঙঙি । তোমালনা ললিতাগী ব্রা তারিবসি চন্দ্রানা অহিংগী খোঙচৎতু শোয়দনা কিগনি, য়ারক্লোই হায়বসিদা য়ূম্ফম ওইরি ।

মীচিক-মীরাওখোল তাদ্রবা, থেঙলবা, হামুক্কুম মল্লবা অহিংদা শাজৌ শগোল চুপ্লী পায়দুনা তপ্না থোঙ্গাল্লোমদা চিংথোরকখি । থোঙ্গাল ব্রাংমা লানবগা মহাক শগোল তোংখৎতুনা অব্রাং পাংনা লাক্লম্মী । হূই লাবশিংনা নোংদোন য়েংলগা শাংনা শাংনা তেংথারকপা খোঞ্জেলনা অচীকপগী মরুপ ওইখ্রবনি । অমম্বদা শগোল হৈনিংদনা মখোঙ থাংলি । খুল্লক ফাওনা চৎপা অচৌবা লম্বীগী চিদাইদা হৌবা খোংনাং মখোঙদগী নুপা অমনা লূমতকপা খোঞ্জেন্দা কৌরকই, “ শাজৌ !”

খোঞ্জেন্দু খঙলমদ্রবদি শাজৌ য়াম্না খংলমগনি । মহাক খুর্জী ফাদুনা চপ লেপ্লম্মী ।

“ তা-তোমাল !”

“ ঐ নঙবু ঙাইরকপা কুইরে ।” তোমাল মাঙ থাদুনা মহাক্কী শগোল থৌগৎলি । “ মতমসি থেঙলবনি খর থুসি ।”

তোমালবু হৌরমদনা মথন্তা চৎনবা হোৎনরুবা মহাক্কী মাংজবা ব্রাখন্দা শাজৌ ইকাইজখিবনা ব্রা করিমত্তা ঙাঙদে , থব্রায়দি য়াম্না পৌখৎলে। মখোয় অনী তুমিন তুমিন লাকপনা খুলগী ঙমখৈ লোইশিল্লক্লে ।

মাঙদা তোমালনা চপ লেপ্লদা শাজৌ খংলপ য়েংখি , লম্বীগী ময়াইমক্তা শগোল অমনা ফৈনা থৎতুনা লৈবা উরে । নকশিল্লুবদা শাজৌগী মপা ওইরম্লে । পাখং অনী য়াম্না ইকাইনা ময়ূম হল্লকখি ।

ইঙা অমসুং ইঙেন থা অনীগী থাশি নুমিৎশিং অতৎ-অখম লৈতনা হৈথখিবা নোংনা শাজৌ অমদি তোমালগী থৌরাঙ থুগাইখ্রে । থব্রান থাশি নুমিৎতি মখোয় অনী অয়ুক্তগী শগোল থৌদোক্লগা উমংদা লৈরুসি, অরাম্বা কন্নবা চয়োম পুসি হায়নবনি । অদুবু নোংঙাল্লমদাইদা তুরেল ঈমায় পাথোরক্তুনা ঈচাও থোক্লে । শগোল চৎপা ঙম্বগী ব্রাফম লৈত্রবদা শাজৌ ওলাংনা খাঙখি ।

লাংবন থা লাক্লে । ইম্ফাল কোনুংদা তৌবগুম খুঙ্গং অসিদসু হিয়াং থানবগী কুমহৈ চৎনরকপনা শাগৈ অনী শীংনবা নুমিৎনি, য়েংখোম অমসুং ক্ষেত্রিময়ুম । শাগৈ অনীসি খুলসিদা অরিবা অমসুং অনৌবা লৈবগীনি হায়নৈ । কুমহৈ য়েংবা লাকপা মীনা সেকমাই তুরেল তোর্বান কাগুপ অনীমক ফিঙৌ ফৌরে । নক্লবা খুঞ্জা কয়াসু লাক্লরি । শাজৌ নোংচুপ্তুগী লাকপা কাঙলুপ কাঙলুপ্তা চন্দ্রা য়াওরকপ্রা য়েংবা লেপ্তে । তোমালনসু থিখি । চন্দ্রাবু উরক্ত্রবদা মখোয় অনী কুমহৈ য়েংবগী ব্রাখল চঙদে । কাইনথংদা খরুংপাৎ ঙানৈফমদা চন্দ্রাগা লাকমিন্নখিবী মৌ নুপীদুবু শাজৌনা থেংনরুরে । মহাক উবদা চন্দ্রা মশা থেংনবমুক হরাওই । মৌদুগী মনাক নক্লা চঙশিন্দুনা শাজৌনা ক্বা খিলি অমা লাল্লুই । খিলি লৌরগা নুপীদুনা নীংঙমদনা হায়রকখি,“ কাইহৌরল্লগা লোৎখ্রিবদি করিগীনো ? নুপানবু অদুক য়াম্না পাঙদ্রিবা? পুন্সিবু ঙাইহাক্কী ফাগিদা তাহনবদি চুমদবনি । অদুবু ইবুংঙো, হৌজিক্তি মহাক্কী মরমদা খল্লুরগনু । লাই য়াহিপ্পগী মতম লোইবগা লুহোংনবা লেগ্নখ্রবনি ।”

শাজৌগী মকোক্তা ব্রজনা য়ৈখ্রবগুম উরু উরু লৈ । ব্রাহং খর হংনিংদুনা মচীন কাথোরকপদা মৌ অদু মীরক্তা চঙখিবনা হাল্লে । শাজৌগী অব্রাবা মায়থোং উবদা তোমাল প্রোক প্রোক চাকই । মীরক খায়দুনা চংশিল্লগা মৌ নুপীদা পাউ অমত্তং পুবীখিনবা তোমালনা হায়জরুবদা য়ারক্ত্রে, মরমদি মতম চাদ্রে হায়বসিনি ।

লাংবন থায়াইদগী শাজৌ চানি থক্লি খঙদনা নারে । মমা-মপা নুংশা থীবনা তোমালগা তোয়না ব্রা তানৈ । তোমাল পাঙ্গল থোক্ত্রবদা মহাক্কী নুপী ললিতাগসু খন্নবা লেপ্তে । ললিতা শাজৌনা চাকচবসি মুন্না খঙলবসু তেংবাংফম খঙদবনা তুমিন লৈবদা মতাখি । শাজৌগী ফিভম শোকচিল্লক্লবা মতম অসিদদি মহাক থৌশাদবা য়ারক্ত্রে ।

“ জেশা উপায় তৌদুনা চন্দ্রাগা অমুক্তং উননবা তৌসি ।”

“ হোৎনরিবনি ।” তোমাল লূম্না খুন্মি ।

“ ঐগী ব্রাখন্দা চন্দ্রানা শাজৌবু চেৎনা নুংশি ।”

“ অদুবুদি চুন্নবা, লক্ষ্মী পূম্নমক থিংখ্রিবসিনি ।”

“ লুহোংবা নকশিনখ্রবদি ফররোই, মাগী পুক্লিংসু অফা-অপুন্নগনি।

য়াম্মা থুনমক চন্দ্রাগা উননবা তৌসি । মশক, লৈফম খঙলম্লবদি ঐনসু চেনবা য়াবনি । মরকসিদা ঐখোয়না চন্দ্রাগা উননবা হোৎনরি অমদি পাউ চৎনরি হায়রগা শাজৌবু পুক্লিং অমুক্তং থৌগৎপীয়ু । নুপী অদু মহাক্কী শোয়দনা ওইগনি হায়না থাজহনসি ।”

ললিতাগী ৱাফম তোমাল য়ানিংঙি । মহাক চন্দ্রাগী মনাক য়ৌরগে চপ য়ুংনা লেপ্লম্মী । মহাক্কী অচেৎপা ৱাফমদু শাজৌগীদমক শিদ-হীদাক ওইনা থোকখি ; নোংমা নোংমগী খর খর কনখৎলক্লুনা থাখাই অমগী তুংদদি মাঙলুরবা পাঙ্গল পূম্নমক হল্লক্লে । অদুবু শাজৌনা থবক অমত্তা পায়খৎপা ঙমদনা লাংবন থা হৌদোকখ্রে ।

অনৌবা পাউ তানিংবনা শাজৌ কাঙজৈবূংগী খোংনাং উরুমদা ফম্লিবা তোমালগী মনাক্তা ফুৎ ফাওরকই । মেরাগী থাশি নুমিৎতুনা মহাকপু তোয়না চিংখৎলৈ ।

“ তা-তোমাল, ঐ নাবা ফরে, চপ চানা কল্লে ।”

“ ঐ মদু ঙাইরি, নঙবু উননিংদুনা লৈরম্লিবনি । ফরে হৌজিক্তি নঙ লাকপা ।”

“ করি পাম্বৈননো চন্দ্রা উনগদৌরিবসি, হায়রো ।”

“ ঐখোয় অনী ঙসি অহিং শোয়দনা মহাক্কা উনসি ।” তোমাল ৱাশকপগুম চেৎনা হায় ।

“ করম্না ?” শাজৌ পাউখুম ঙাইবদা তোমালগী চীন্দা য়েংঙি ।

“ শগোলগী লম্বী থাদোক্লসি । অনৌবা লম্বী থিসি ।”

“ করম্বা লম্বী ? তা-তোমাল, ঐ ভাব তাদে ।”

“ হিগী লম্বীদা চৎসি ।”

“ হায়বদি হি হোন্থখিবা ?” শাজৌ স্বর অমত্তদা হংঙি ।

“ য়াচংবদগী অদুম তপ্না তপ্না হোন্থখ্রসি । তূম্ন-হিপ্নদ্রিঙৈদা মখোয়গী হিদেন থুংলুনবা মতম পাবা তারে ।”

“ কনাদগী হিনো ?”

“ য়েংখোম ইপুগী, মী অহুমগী চপ চাবনি । ঙসি অয়ুক ৱায়রুরে ।”

“ মরম তাক্লম্বা ?”

"হুরানবা চৎপসি তাক্লব্রা, অঙাওবসিদি।"

শাজৌ মায় পাকপগী থাজবগা লোয়ননা ময়াম্বা শক্লবা মরুপ্তা মুন্না য়েংলগা নোক্লম্মী। মহাক্না লাম্বা ফংখিদ্রবা পাম্বে অদুগীদমক পেঞ্জবনি ; অপঙবগী ৱাখল ঈমায়দা তাওই, অশিংবগীনা ঈরোলনুংদা চেল্লি খন্না নুংদা থাগৎলকই।

য়াচংবা মতুংদা পাখং অনীদু মখুৎতা নৌ অমমম পায়দুনা হি হোন্থরক্লে। খুলগী ঙমখৈ লান্থোকপগা তোর্বান অনীমক্তা শোংবগী চাং হেনগৎলকই। নোং-চীং মংদবা অহাঙবা অতিয়াদা থোকপা থৱান্মীচাকশিংগী মঙালনা ময়েক শেংবমক নৎত্রবসু অনকপদা লৈবা পোৎশিংবুদি উবা ঙম্মি। মীরেপ হেন্না লুবা ঈশিংগী অয়াঙবা ঈচেন্দা হোল্লুবা নাইদ্রবা হি হরাওবগুম মথন্তা তাওথরম্মী।

য়াম্না শোঙবা খুনিংথেক শাবা মপা অমা য়ৌরকপগা তোমাল হিমায় চুম্বা কন্না হোংনৈ। মফমদু চীংয়া নকপনা মম্বগী চাং হেল্লক্লে। ষনশিবী ঈরেল য়ৌরক্লবনি, লম্বী তন্থাই চল্লে। মখোয় অনী ৱা অমত্তা ঙাঙনদ্রবসু লুরবা ঈরেল অসিগী ৱারী অমা নিংশিংনরি। শান্তিদাসনা শন্দোক্লম্বা অনৌবা ধর্ম চৎলু হায়বা ককচিং খুলগী প্রজাশিংনা য়াদ্রবদা লৈবাক মহারজনা খুলসিগী মরু ওইবা শাগৈ তরেৎতগী অহল অমমম ফাদুনা ঙৌবোং খাউদা হাল্লগা ঈরেলসিমক্তা থাদনবা পুরকখিবগী ৱারীনি মখোয়না নিংশিংলিবা। খঙহৌদনা পুক্লিংদা ফাওরকপা হঙ্গোয়বা মাঙখিনবা মখোয় অনী অমনা অমদা য়েংনরিঙৈদা অকি অখংগা লোয়ননা হোৎথরকপা শা অমনা মখোয়গী নিংশিংবা চাইখাইররে,লম মঙা শান্না ঈশিংদা চোংথরকপনি। শাদু মখোয় তম্না ঈরোইরক্লি। খঙহৌদে অতোপ্পা অচৌবা শা অমসু মাগী মথক্তা তাশিল্লবা। অহানবা শাদু কন্না কন্না খোংলম্মী। লম তরাতমক লাপ্লবনা তোমাল অমসুং শাজৌনা শা অনীমক্কী চাউরাকপা মশক উবা ঙম্মি। খোংলিবদু শাজলনি, মাবু শারাক তমদুনা কংফান্দা চিংখৎনবা হোৎনরিবদুনা কৈনি। তৌরিবা মতৌদুদা শাজৌ লাউনিংবনা নৌ থাঙ্গৎপদা তোমালনা খাল্লম্মী। অদুবু মহাক মশানদি অনীগী লাক্লফমদা হিদি কন্না হোঞ্জিল্লি। লম অনীদা নকশিল্লকপগা তোমালনা হায়, "শাজৌ, ঐ হি ফাগে, মকোক্তা হাইয়ু।"

শাজৌ ফিরেপ চুম্না লেপ্লগা শাজল চিংলিবা কৈগী মকোক্তা নৌনা য়াম্নে । কৈ অহৌবা খোঞ্জেলগা লোয়ননা শাজল থাদোক্লগা মমায় লৈশিল্লকই ।

" শাজৌ মমিৎতা থিল্লু ।" তোমালনা লাউরম্মী ।

ঈরোইরিবা কৈগী য়েৎথংবা মমিৎতা শাজৌনা মপা চানা নৌ মতোন্না থিনখি ।

" তা-তোমাল, শা লূপখ্রে ।" শাজৌ ঙক্লা য়েংঙি ।

" য়ৌরক্কনি চেকশিল্লু ।"

খঙহৌদে অশাংবা মকোই নিক্লা, পাক্লবা মমায় থাঙ্গৎতুনা তমথীরবা শাদুগী খূমাঙনা হিবান লাম্লকপা । তোমালগী মখূৎ থুই, ফিরৈদগী শৎখিবা ছুরিনা কৈগী ওইথংবা মমিৎতা থূম্না লেংখি । কৈ অহৌবা খোঞ্জেলগা লোয়ননা ঈপোম চাউনা ঈশিংদা উরু উরু লৈদুনা ঈরোইরি । শাজৌ অরেপ্পা লৈতনা কৈগী মকোক তম্না কন্থরম্মী । মমৈথংদা শাজৌগী নৌ তেক্লে, কৈসু ঈরোলনুংদা লূপথখ্রে । শাজলদি লৈরায়দা কাখৎপা হোৎনরি । মখোয় অনীগী হিসু লৈনা লৈনা তাওথরকখি ।

স্বর থবেৎ থবেৎ হোল্লিবা তোমালনা হায়, " শাজৌ, ঐখোয় অনীগীসি অপঙ থৌনানি ।"

" অদুবু অপেনবদি পোক্লে ।"

" ঐখোয় অনীনা কৈ হাৎপগী ব্রারীদা থাজগদবা মী লৈরোই ।"

" অশিবা কৈ থেংনবা মীনা শাক্ষিনি ।"

পাখং অনী স্বর ফাথদুনা হি অমুক হোন্থরকখি । ঙাইহাক্কী তুংদা তুরেল খোংনুং ঙান্থোরকপতা নত্তনা তোর্বান অনীগী লাপ্পবগী চাং হেনগৎলক্লে । শয়োম শয়োম ঙংলবা কাঙগী খোঞ্জেল, তোর্বান উজাওশিংদা উহৈ চরোংগুম য়াল্লিবা শেকপীশিংনা চিক্লবা, হৈবোংশিংনা কেল্লকপা অমদি লৈরাই কিন্থবগী মখোল, ময়ামসি অহিংগী লেমজবা শকফম ওইরি । চন্দ্রা উনবগী ব্রাখন্দা লূপখিবনা অতোপ্পা মরম অমত্তবু মখোয়না থৌশারুবা লৈখিদ্রে ।

তোমালনা খল্লকপা মতম চপ চানা মখোয় চন্দ্রাখোয় হিদেন্দা থুংলরে । মীনা উরোইদৌবা মফম অমদা হি থাংলগা তোমালনা চেকশিন্না

পুল্লম্মী। মখোয়না তোর্বানগী অশুকপা লম্বীদা কাখৎলকপদা মী চৎনবগী খুদম ফংদে,পূমচীক চীকই । অমম্বগী খুদোং চাবদা মখোয় চন্দ্রাখোয় থোঙ্গাল কানশিল্লক্লম্মী। লন্না লন্না লৈবা য়ুমশিংদা মৈঙাল উদে, উজাউ-ৰাজাউ মরাং কায়বনা খরসু হেন্না মম্মি। তূম্নবগী মতম্মক্তি ওইরমখিরোই খন্নদুনা ঙাইহাক ইরাং য়েংবা ওইনা মখোয় অনী মমাঙ শঙ্গোয় মরুমদা লেপ্লম্মী। মীগী মনিল মখোল ঙাঙন শান্নবা করিমত্তা তাদে। থোঙগী অহোবদগী মৈঙাল অমদি উরে, মদুনা তূমদবা মী লৈরম্বা য়াবদি তাক্লি। ফনা কুইনা কাঙগী অৱাবা খাঙলবা তুংদা তোমালনা শাজৌগী নাকোংদা লোন্না হায়, " তপ্পা চৎলু, থোঙ অহোবদগী অমুক্তং য়েংলু ।"

শাজৌ খুনীং কাঙনা, স্বর থিংলগা তপ্পা মাঙ্গোল কাখৎখি, থোঙগী অহোবা থিরগা য়েংলুই। মহাক তোমালগী লৈফমদা খুদক্তা অমুক হল্লক্লে।

" চন্দ্রা মোইথাপ নাইরি ।" শাজৌ স্বর ফী ফী হোল্লি ।

" করি উপায়না ঐখোয় লাকই খঙহনসিগে ? " শাজৌগী খোঞ্জেল থোরক্তনবা তোমালনা নাকোংদা হায়রকখি ।

" থোঙদা তেক তেক শৎলুবদি ? "

" ঐখোয়নি খঙগদ্রা ? অমনা,ইমুংগী অতোপ্পা মীনা হান্না তাশ্লবদি ?"

" থোঙ অহোবদগী তপ্পা কৌবদি ?"

" অতোপ্পা তাখিনি হায়ৰানি ।"

" দারি ময়াদা অমুক্তং খৌদেমসিদো ।"

" অদুসু অমহা নৎত্রনে ? "

" অদুদি কৈদৌনি ?"

" তূম্লমদাইদা মপান অমুক্তংদি থোরকখিবা য়াই, য়েংখিসি ।"

পাখং অনী উপায় খন্নরিঙৈদা থোঙ হাংবগী মখোল তারে। উচান মৈরা পায়দুনা চন্দ্রা মপান থোরকপনি । খুদক্তা শাজৌ অৱাংথংবা য়েনখাগী অমম্বরোমদগী দারি নকশিল্লি, তপ্পা কৌরুই ।

" চন্দ্রা, ঐ শাজৌনি ।"

" ইমা ! " খংবদগী খাম্বা ঙমদনা চন্দ্রা কন্তক লাউরকখি অদুবু মখাদি তাদে ।

তোমাল হোৎচিল্লকপগা শাজৌনা চন্দ্রাগী নাকোংদা ব্বা খর হায়খি। মহাক য়ানিংদবগুম ইমুংদা চঙনবা লৈশিল্লকপদা তোমালনা মৈরা মুথৎলি। ইরাং খঙনা শাজৌনা চন্দ্রাবু ফৈনা পমদুনা থোঙ্গল্লোমদা চেম্বোরক্লম্মী। তোর্বান য়ৌরকপদা চন্দ্রা জ্ঞান তানা হায়রকই," চুম্না চৎসি, ঐনা খাঙলবদি নখোয় করি থোক্কনি ; ঐ খঙঙি। কদোমদনো চৎকদবা, শগোল পুরকপ্রা ? "

পাখং অনী পাউখুম পীদুনা মতম মাঙহন্দে , হি থল্লম্বা মফমদা হোৎথরম্মী। পাখৎপনা হেল্লবী চন্দ্রা মায়কৈ খঙদনা হিদা কাখৎলে ; য়ুল্লোমদা লাউ-খোংনবা তায়। মখোয়না হি হোনবা হৌরকপগা মৈরা পায়বা নুপা তরুক তোর্বান লম্বীদা নোংপোক পাংনা চেনখি। তোমাল অমসুং শাজৌনা অশোংবা লৈরাই নপ্পা হি ফাদুনা থল্লম্মী। ঙাইহাক লৈরগা তাল্লকপা মীশিংদু নুংশা শবী হোন্দুনা য়ূল্লোমদা অমুক চেন্নরক্লে। মখোয়গী মরক্তগী অমনা কন্না লাউরম্মী," লম্বী অসিদদি চৎখিবগী খুদম ফংদ্রে, লৌবুক্লোমদা পুরম্বা য়াই। শগোলনা তান্নরসি।"

মখোয়গী লম্বী খুদোংথীররোই খঙলবদা তোমালনা তপ্পা হি হোনগৎপা হৌরে। শাজৌসু অতেকপা নৌ থাদোক্ত্রি। হিদেন মঙারোম হোল্লক্লবা তুংদা মখোয় স্বর চনীং খরদি তারে।

" ইমানি কপহৌবদু।" চন্দ্রা শুৎ শুৎ হৌরকই।" নখোয়গী থবকসিমক্তি চুমদবনি।"

" ইবেম্মা চন্দ্রা, ঐখোয়গী থব্রায় মপূং ফানা কল্লু। হৌজিক মদুগী মতম নত্তে, ঐখোয় খুদোং থীবগী মনুংদা লৈরি।" তোমালনা থেমজিল্লি।

হিবান পায়দুনা অকিবা খাঙলিবী চন্দ্রা হায়নিংবা কয়া নমথদুনা অরোনবা খোঙচৎকী চৎনবী ঙাকপদা তুমিন লৈখি। মীনা উখিগদ্রা কিবনা তন্দন ফাওবা ঙালহন্নিংদবা মতম্নি। নাক য়েৎকী লৈরাই তোর্বান নারক্তা খোংলিবা হঙোই, কৌজেং, হারৌ অমদি নুংশিৎনা থোকহনবা উনাগী খোঞ্জেল শরুক তরাদা হেনগৎহন্নিংখি। থাশিগী অহিংদা অহিং অমসু ওইহন্নিংলি।

লেপ্তুনা হোল্লকপা হি ষনশীবী ঈরেল য়ৌরক্লে। নুংশা থীবনা হেনবনা মখোয় হিগী খোঙজেল য়াঙখৎহনবা ইঙম ঙমদবগুম তৌই।

হঙ্গোয়নরবা মপাদু লান্থোরকপদা তোমাল মশা খজিক্তং য়াংথোক্লা হৌরকখি, " ইবেম্মা চন্দ্রা, ঐখোয়গী হেঞ্জিনবা থবক অসিদা নহাক ৱারৌরে। অসিগুম্বা নম্ফু হাফুসি ঐখোয়সু পামজদবনি।"

চন্দ্রা খুল্লক্তে।

শাজৌ য়াওশিল্লকই, " মমাঙ থাশি নুমিৎশিংদা ঐখোয়না হোৎনজখিবা পূম্বা মীনা খর লাইনা খর য়ৈথৎখিবনি, পাঙ্গল ইথোক থোকখিদে। ঙসিগী তাঞ্জাসি নান্থোকহনখিবা শুকয়ামক য়াদ্রবনি খনখিবনা ঐখোয় খর হেঞ্জিনখ্রে।"

" ঐগী খোঙথাংসি লাল্লবনি।" চন্দ্রা কপ্লিংবা খাঙনা হায়।" য়ুমগী অহল-লমনশিংবু চংহাৎ হাৎলম্লে। মখোয়গীদমক খল্লুরগা ঐ ৱাদবা ঙমদে। শোয়দনা লাল থোক্লরনি; হিয়াঙ্গৈ মঙানি পানবদা লুহোংবা লেপ্পল্লবনি, ঐসি তৌঙশ্বী তারে।"

চন্দ্রা খোঞ্জেল খজিক্তং থোক্লা কপথোরকপদা তোমালনা খাম্মি। শাজৌ ইকাইজবনা ৱা ঙাঙখিদ্রে।

" য়ুম পানবগী থবকসি অসি ঙাক্তনি" তোমালনা হায়, " খর খৎনা খর লাউনা। পঞ্চায়তনা তারক্কদবা মমল হনবগী থবক্তু ঐখোয়না চপ চানা পাঙথোক্কনি।"

তোমাল ঙাঙবা লেপ্পগা মপা অমদা মঙক থাঙ্গৎতুনা য়েংলম্মী। মখোয় অহুম্মক্লা মৈরা পরেং অম্না উই। শগোল তোংদুনা মখোয়বু তান্নখিবা কাঙবুদু শোয়দনা ওইরমফম থোকই, অশোংবা মপা অমদা হি ফারগা মখোয় তুমিন লৈরম্মী। তপ্না তপ্না নোংচুপ্লোমদা লাপথোকখিবা মৈঙাল উখিদ্রে। উনাদগী মতম মতম তারকপা লিক্লানা নোংয়াই লানখ্রে তাক্লে। পাখং অনী পাঙ্গল ফুদোক্তুনা অমুক হি হোনবা হৌরকখি।

অচৌবা মায় পাকপনি, নোংঙানগদবা মতম য়াম্না ৱাৎলিঙৈদা মখোয় খুঞ্জিল য়ৌরে।

অয়ূক্তু শাজৌগী মৌ য়েংবা লাকপা মীনা ইমুং থল্লি। লৈকাইগী নুপী পূম্নমক মৌ অনৌবীগী শক গুন্দা চাউথোকচৈ। মখোয় খর পূনবা মফম খুদিংমক্তা ঙাঙনৈ, থাগৎনৈ।

— মশক অসিননি শাজৌনা শিবা কিদ্রিবা।

— চহী নৌরি মশা চাউজবগীনি ।

— কুচুনা সনামক্লি ।

— মশম্বু কন্লাক য়ৌইনা ।

— মমিৎ, নাতোন চীনবান, য়াতা অৱাৎপা অমত্তা য়াওদে ।

— মোমোন নোক্লকপদনা নুংশিরিবা ।

মনীংথোঙদা পৈরিবা লৈকাই পাখং মচাশিংনা চন্দ্রাদা লোন্না লোন্না লক্লবসু য়াওরি ।

" ইতৈমা, নঙগুম ফজবী নখোয় খুন্দা কয়া লৈহৌরি ?"

" ঐখোয় খুন্দদি ঐসি চন্নদবী শকথীবীনি । লাইবক্তা পরী অনীগী পট্টা নপত্রবদি নিঙোল কাদা পেন্সন লৌনৈ ।" চন্দ্রা ফাগিদা য়াওশিল্লি।

অরাকপা মী খুদিংমক হরাওনৈ, অদুবু শাজৌগী মমা মপা অনীদি নুংশা থীজবনা কোয়চেন চেল্লি, পাউ হন্দোকপীরুনবা মী তানদবা য়াদবা মতাং থোক্লে । শাজৌ-মপা মহাক্কী চান্নজবা মরুপ চাওবা লাকপদা থম্মোয় খংচাউ চাউথোকই । ময়াংলম্বম নুপা অসিগী থৌনা-লীংজেন ময়াম্না খঙনৈ । মতম অমদা লৈবাক মীয়াম্না মহাকপু থাগৎনখিবগী ৱারী লৈ ।

মহারাজনা খুঞ্জাও অসিদা সনা খোঙলেক্লবদি নুমিৎ মঙা-তরুক্লি হেক লৈগল্লি । মহারাজনা পুরকপা শামু মচিঞ্জাক হুন্নবা খুঞ্জা নুপাশিং পালি তানৈ । চাওবগী পালি লাক্লে, শামুগীদমক লফু য়ানবা-হোনবগী থবক্লি । মহাক থবক্তু তৌরোই হায়না শিখাঙ খাঙখ্রে । মহারাজনা মহাকপু কৌখৎখিবদা খুঞ্জা পূম্নমক কন্লাক নিক্লে । মহারাজনা চাওবাবু সনা মাঙদা কৌশিল্লগা মুন্না য়েংলম্মী ।

" নুপা, য়াথং ইন্দ্রবদি দণ্ডি ফংঙি হায়বা খঙদব্রা ? "

" ননাই ঐ খঙজে ।" চাওবা মখূৎ লোন্নে ।

" অদুদি, লফু য়াল্লু হায়বা য়াদ্রিবদি করিগীনো ?"

" ননাই ঐ লৈবাকসিগী প্রজা অমনি, শামু মচিঞ্জাক হুন্নবা মীনাইদি নৎচদে ।"

" অচ-চা ! নঙ অসি খঙব্রা ?" মহারাজ নাকন্দগী নোংমৈ থাঙ্গৎলি।

" কাপ্পীয়ু মহারাজ, অনীরোংবীদুনা ।" ময়াংলম্বম নুপা ফুরিৎ কুদাম

থদংলগা মথবাক ফন্দোক্লুনা চপ লেপ্লম্মী ।

মফম খঙহৌদনা মহারাজ নোল্লকখি, " চংথোকখ্রো, নশক্লু য়েংনিংদে ! পুর্নিমা নুমিৎতা কোনুংদা লাক্কদবনি ।"

করি থোল্লগদৌরি খন্না থক থক নিক্লা য়েংনরিবা মীয়াম তানবা মহারাজনা লাউরকখি," ঙসি হায়বা নুমিৎসিদগী ঐগী প্রজা অমত্তবু মশানা য়ানিংদনা নমদুনা থবক তৌহল্লরোই ।"

মহারাজনা লেঙখ্রবা তুংদা মরুপ-মপাংশিংনা চাওবাবু কোনুং চংলুদনবা অমদি অৱাফমদগী নাম্থোক্লবা,কবো লৈবাক্তা চেনখিনবা কন্না হায়রম্মী । মহাক য়াখিদে, কোনুংদা চংখি । অঙকপনি ময়ুম হল্লকপদা 'নিংথৌ কৈ' হায়বা মিংথোলগা লোয়ননা মহারাজগী খুদোনপোৎ ময়ামসু পুরকখি ।

নিংথৌ কৈনা মরুপকীদমক হায়জরুবদগী য়ুম্ফাল ওজা পাউ হনবা চৎপা য়াবীরে । য়ুম্ফাল ওজানা শাজৌবু মচাগুম লুনা তৌবনি । মশক-মতৌ, লমচং-ব্যবহার, পুকচেল-খোইজেল অমদি মরম ওকপদা মশীংচনবা শাজৌগীদমক মহাক চাউথোকচৈ । চিরবা তাঞ্জা অসিদা য়ুম্ফাল ওজা শয়েঙ তিঙলকখি ।

শগোল তোংদুনা পাউ হায়দোকপা লাকপা অহল অনীনা চন্দ্রাখোয় মাঙ্গোল কাখৎলক্লে । ফল্লম্বা অহল খর য়ুম্ফাল ওজাবু মমাঙথক্তগী খঙনরক্লবগুম ইকাই খুম্নবা উৎলকই । তৌইগুম্বসুং, শুমাঙ মাঙ্গোন্দা পৈরম্বা মীয়াম পূম্নমক্কী মায়থোংদা অশাওবগী শকফমদি চেল্লি । য়ুম্ফাল ওজা অমদি নিংথৌকৈ ময়ামদা খুরুমজরগা ফক্তা ফমথবদা নুপী খর ইমুংদা কপ্পরকখি । য়ুম্ফাল ওজা তপ্পা হৌই ।

" ননাই ঐখোয়না লাকচরিবসি পাউ অমত্তং পুজরকপনি । ইবেম্মা নুপীমচা চন্দ্রা ঙরাং অহিং শাজৌ কৌবা ইবুংঙো অমদা চেল্লক্তুনা লৈহৌরে। অঙাং নুপামচাদুবু পোকপা ঐগী মরুপ্তু হকচাং ঙমদবদগী ননাই ঐখোয়না মহুৎ শিন্দুনা লাকচবনি । খুন্দি ককচিংনি । ননাই অঙাংশিংগী অমদি লাকচরিবা ঐখোয়গী অপরাধ পূম্নমক ঙাকপীয়ু ।"

অহল অনী নোল্লুক্লা ময়াম্বু অমুক হন্না খুরুমজে । ফম্মেন্দা ফল্লম্বা অহল অহুমগী মনুংদগী অমনা হায়রকই, " ঐখোয় খুলসিগী নিঙোল

অমত্তা লোইদা থাজদে, মখোয়গী নিঙোলসু ঐখোয়গী মৌ ওইদে। শম্মা হায়রবদা মখোয়গা ঐখোয়গা চারৌ মৌরৌনদে। অঙাংদু য়াম্না থুনা থিনবীরকপনা ফগনি। হরে হরে, অসিবু হৌনরিব্রা, জাৎ তারবা, মাঙজরে ইপা ইপু নরক্তা কূপ্লবনি।"

ঙাইহাক লুকথরুবা য়ুম্ফাল ওজা তপ্না হায়জে, "লাই-গুরু অহল-লমন পূম্নমক, ননাই ঐ করিগুম্বা অমত্তং হঙ্গৎচগে।" মঙোন্দা য়েংলকপা মীয়ামগী পুক্লিং চিংশিন্দুনা মখা তারকখি, "জাৎ অনেম-অব্রাং, মাংবা-শেংবগী চৎনবীসি থাদোক্লবনা চুপ্লবনি। ঐখোয়গী ধর্মসিনা, হৈ-পা শাবা খূজোক অমগী ঈথিন্দগী, লান্না লমজিংদুনা ঐখোয়বু খাইবোক তানহল্লে, অচুম-অরান থিবদসু মিৎ তাঙহল্লে। ঐখোয়গী ইথক্তা সাসন তৌরিবা সাহেবশিংবু ঐখোয়না অমাঙবা জাতিনি হায়রগা মখোয় ইশি শিনা নোক্লি।"

অহল অমনা ওক্লকখি, "সত্য যুগতগী খায়রক্লবা অমাং-অশেংবু হেক্তা থৌশাদবা য়াব্রা? অমাং-অশেং, জাৎ খায়দবা গোরা সাহেবশিংগী ধর্মদু ঐখোয়না চৎতে। লোই অনেম্বা জাতিনি, ককচিং লোইনি, মখোয়গা শম্ননিংদে।"

"ককচিং লোইনি, মহারাজগী য়াথংনা ওইহনবনি; গৌড় ধর্ম চৎলু হায়বা য়াদবদগী। অদুবু মখোয় হন্থবা, তোন্থবা ফুরুপ্তি নত্তে। মৈতৈ নিংথৌবু তৎতনা শীংনবা খূৎ ওইরুবদগী মখোয়গী মীচং লৈতনবা, ময়ামদগী তোখাই তাহন্নবা অমদি অতৈ কাঙলুপ্না ইন্থোক্লবা শিনখিবা থৌরাঙনা মখোয়বু লোই ওইহনখিবদু কাউথোক্লবা মতম ওইরে।" য়ুম্ফাল ওজা মতাং চারিঙৈদা ঙাঙহৌরগে মতাগুম চৎথৈ, "লৈবাকসিদা খুন্দারিবা ফুরুপ পুম্নমক্কী হৌরকফম য়েংলুরবদি ঐখোয় মশেল অমনা অমবু ব্রাংঙি নেম্মি হায়নরিবসি ইকাইনফম থোকপনি। শম্মা হায়রবদা চাওখৎপা পাম্বা কাঙলুপ অসিগী মীশিংবু ময়াম্না মুন্না খঙবীদ্রে"

"খঙঙি, মখোয় মরোল খোইবা লোইনি।" অতোপ্পা অহল অমনা য়েপ্লকপনি।

"অশেংবমক মখোয়না লোল খোইনা ঙাঙবগী মরম খঙনবীরম্লবদি অব্রাংবা কাঙলুপ্নি হায়বা য়াবীরমগনি।"

" মদোমদা চৎথবীগ্নবদি ইবুংঙো ওজা, ধর্ম জাতিগী মরমদা চীন্দান-পাউদান্নবা ওইনা থোক্লে। ফনা হায়বীদুনসু য়াখিরোই। গৌড় সম্প্রদায়, লোই, হাও,পাঙন অদুম লৈখিগনি। ঐ অমুক্তা শমজিনজগে, লোইগা ঐখোয়গা মান্নদে, হাওগসু খেন্নে । মখোয়গা ঐখোয়গা চারৌ-মৌরৌনবা পামজদে, অঙাংদু খর থুনা থিনবীরকউ ।

" থৌগল্লোন কায়বা তারগদ্রা ঐগীসিবু, ব্রাহ্মে অমা অনীতং থমজখিগে ।" য়ুম্ফাল ওজা মায়থোং লাংশিল্লপ মহাক্কী ব্রাফম লোইশিন্নবা হোৎনৈ, "ওইজবা থিবা মীওই কাঙলুপ অমগী চিরোন্দা পঙথখ্রবা লৈবাক্কী মহারাজনা শেন্নুবা জাৎ খাইবগী চৎনবীসিনা শাথীরবা শীঙচেপ ওইদুনা নোংমদি লৈবাক অসি মচেৎ মচেৎ তাহনগদৌরি ।"

" ইবুংঙো ওজাগীসি ভাবমেন ইতামক তাদনা য়াম্না ঙাঙবীরে । মখোয়দা ঐখোয়গী নিঙোল থাজবা ঙমজরোই । অমুকসু হন্না হায়জরি, অঙাংদু থিনবীরক্তবা য়ারোই ।" খ্বায়গী অহল শাওগৎতুনা মমায় লৈথোকখি ।

শুমাঙদা লেপ্পা মীয়াই ওইরবা নুপা অমনসু লাউরকই, " ধর্ম পুনখিবদগী মহারাজগা মখোয়গা চান্নখ্রে হায়বা ঐখোয় খঙজে । অদুবু প্রজা ঐখোয়নদি কাঙলুপসি কয়া হৈনদ্রি । মখোয় লোই নত্তে হায়বা ওজাবু ঙম্বীগদ্রা?"

" মমাঙদা পঞ্জখিবদুনি, " য়ুম্ফাল ওজা মথৌ হন্দে , " মহারাজনা লাউথোকখিবা নুমিৎতগী মখোয় লোই ওইখ্রবনি, স্না য়াথং ককপদি ইতিক্লা । অদুবু মখোয় সম্প্রদায় অসিদা তিনখ্রে , ব্রহ্ম সভানা য়াখ্রে । ধর্ম অসিদা মখোয় থৌদাং চাউনা য়ারি ।"

" তোৎন-তিন্নবীরুবদগী ওজানা মখোয়গী মীচংদা ঙাঙবীবনি হায়বা ঐখোয় খঙজে। তশেংবদি ওজাসু মখোয়গা ঙাই-শেল ওইবীনিংলম্লোইদা ।" ঙাঙবা লেপখিবা নুপাদু করেম্নরপ নোকখি ।

" ঐগী ইচা নিঙোল লৈজদে, অদুবু ইয়াম্বনা পোকচবী নিঙোল অমদি খুল অদুগী তোমাল কৌবা অঙাং অমদা ঐনা লুহোংবীখি । ঐখোয়গী ইমুংগীতা নত্তে ইম্ফালগী নিঙোল য়াম্লে খুলদুদা ওংলকপা ।"

ঙাঙলুবা খুদিং ময়া কুম্নরকপদা অহল অমনা য়াম্না শাওনা চন্দ্রাগী

মমা-মপারোমদা ওনশিনখি ।

" ফরে , ঐখোয় য়াম্না শাংথরগুমসি । হৌজিক্তি মমা-মপা অনীগী মখূৎতা লৈরে । নখোয় খুল অসিগী অমদি শীঙলুপকী চৎনবী খঙলিবনি । লোইগা ঙাই ওইরবদি শীঙলুপ্তুগী ইন্থোকপা, হিদাকফু তিন্নদবা, দেব-কর্ম খুদিংমক্কী বার্তন ককপগী চৎনবী থুগাইবা য়ারোই । মদু মুন্না খল্লগা করি পাম্মি হায়রো ।"

" ঐদি ঙসাইনা হায়জখ্রে ।" চন্দ্রা-মপা মৈ হৌরকই, " ইচা থাজবা ঙল্লোই, য়াম্না থুনা থিনবীরকউ ।"

" জাৎতাবীদো ।" চন্দ্রা মমাসু কপ্লকখি, " মপা মপু পূম্নমক নরক্তা চিংথরবা ।"

নীংথৌকৈনা অমুকসু হন্না ময়ামদা খুরুমজরম্মী । মহাক অরোইবা ওইনা লূমতক হায়, " ননাই ঐখোয় অঙাং অদু থিল্লক্লবা কন্না হোৎনজগে, অদুবু মশানা ময়াদ্রবদি উপায় লৈজরোই । অদুগী মথক্তা পঞ্চায়ত লোয়শঙগী বিচারসু ইন্দবা য়ারোই । ককচিং পঞ্চায়তনা তাবা হুকুমদি চৈরাপ্পসু কক্তে ।"

অহল অনী হৌগৎতুনা থোঙ্গাল থোরক্লে , পুক্লিং নুংঙাইবদি ওইদে।

চন্দ্রাগী ৱাথোক পঞ্চায়ত য়ৌনখি । মহাক পুকচেল লেপ্পী নুজা ওইনা মায়রোং য়ারম্মী ; শিদ্রি ফাওবা শাজৌবু থাদোকপা ঙল্লোই খুমখিবনি । পঞ্চায়তকী ৱায়েন মতুং ইন্না শাজৌনা মমল হনখি । বিচার নুমিৎতা লেমজবী লৈতেং ওইনা মীয়াম মাঙদা লেন্নবগুম শাজৌনা চন্দ্রাবু ময়ূমদা পুদুনা লাকপদা হরাওজখিবদু করি ৱাহৈনা শীংথাবা ঙমগনি ।

শাজৌ থম্মোয়নুংগী নুংওঞ্জবা ৱাহৈ খরা থিরকখি, " নোংদোন থক্কী থাজদগী শরুক চামা হেনবী নঙদি ঐগী থম্মোয়বু মতম পূম্নমক্তা হরাওহনবী ,তেকখৎহনবী থাবল্লেনি, থৱায়গী থৱায়নি।"

শাজৌনা চন্দ্রাবু 'থাবল্লে' মিংথোনবগা লোয়ননা মথানুংদা চেৎনা কোনশিঞ্জবনা হিংবগী মমল ওইরক্লি । —

মাগীদমক চাউথোকচখিবা কয়া মাঙহল্লম্লগা তমথীবা মতৌদা অদুক পাম্মুজরবী থৱায়বু মুন্দুনা পুবীখিগদৌরিব্রা ? অৱাবা উৎপা হৈরক্রবী মহাক্কী চান্নবীবু সংসারদা মথৌ পাঙথোকহনবীখো হায়না শকউদবা তৌঙম্বা

মাগী মফমদা ৱাকৎচবদা শাজৌ য়াম্ফক তারবী থাবল্লেগী কোক পমদুনা মীৎলু পিরাং শিন্থৱি ।

## ৬

হোস্পিতালদা লৈবকপা তরুক্নি শুবা নুমিৎকী অয়ুক্তা থাবল্লে জ্ঞান তানা মমিৎ পাঙথোরক্লে। শাজৌ হরাওবনা মপি শিন্থে, ঈশ্বরবু থাগৎতুনা মহাক্কী নুপীগী লাইবক্তা তপ্না নাল্লি, " থাবল্লে। "

থাবল্লে খুম্নবা হোৎনবদা নুংশা কন্তক হোনখি। কাগী মথক অমদি অকোয়বা ফক্লাং য়েংলগা খোঞ্জেল খজিক্তং থোরক্লে।

" লৈরিবসি মফম কদাইদনো?"

" হোস্পিতালদনি, ডাক্তর সাহেবনা নঙবু লায়েংবীবদগী হৌজিক্তি ফরেদো।"

থাবল্লে মনাক্তা ফল্লিবা মচাদা নানবীনবা মখূৎ থাঙ্গৎপা হোৎনরকই। খঙহৌদনা চঙলকখিবা ডাক্তর অনাবগী ফিভম য়েংলগা হরাওনা নোক্লম্মী। মিহুন-থাহুন কুপ্না য়েংলগা থোইবাগী মকোক পায়দুনা হায়রকখি, "ওল রাইট, খমিং রাউন্দ সুন।"

নর্সশিংদা মহীগী ওইবা চিঞ্জাক পীজনবা শিন্নরম্লগা ডাক্তর থোকখ্রে।

মথংগী অয়ুক্তা শঙ্গোম খর থকপগা লোয়ননা থাবল্লে মখূৎনা বিস্কুট লৌখৎলগা চাবা ঙম্লে। য়াম্না থুনা ফগৎলকপা অনাবগীদমক ডাক্তর চেকশিন্না শেন্নবসু লেপত্রি।

তরানি শুবা নুমিত্তা থাবল্লে চাক চাগে হায়রকখি। ডাক্তর লাকপা ঙাইরম্বা থোইবানা ৱাফম অমা খঙননবা হোৎনরম্মী।

" সার, মাদর ৱান্ট রাইস।"

" ফ্রোম তুমরো," ডাক্তর নোক্লকপনি, "এত য়ুঅ হোম।"

ডাক্তর চৎখ্রবা মতুংদা থোইবানা মপাদা তাকখি, " হয়েংদগী য়ূমদা চাক পীজরো হায়রম্বনি, ঐখোয়বু চৎহল্লগনি।"

মচাগী ব্রা তাবদা থাবল্লে খুদক্তা ময়ূম চৎপা ঙম্লগদবগুম হিপ্লম্বদগী হৌগৎলকই।

" ইবুংঙো, ইমা ফরে, য়ূমদা চৎলসি।"

তরামাইথোইনি শুবা নুমিৎতু শাজৌ ডাক্তরগী ব্রা তানিংবনা অয়ূক্তগী য়াম্না ব্রানা ঙাইরম্মী। নুমিৎ য়ুংবা মতুংদা মথৌ চিন্না লাকখিবা ডাক্তরনা য়ূমদা চারুগদবা হীদাক পূন্নমক শুগায়না তাক্তুনা শাজৌদা শিন্নরগা মখোয় অহুম্বু এম্বুলেন্সনা ময়ূম য়ৌনা থিলহনবীরকখি।

থোইবা মমাবু সেবা তৌবদা ময়ূমদগী চৎথোক্তনা লৈরকপা চয়োল অমা ফারে। মপাদি হাজিরা থবক চৎপা হৌখ্রবনি, নৎত্রবদি মখোয় চরা হেনগদৌরি। ললিতানা মরক মরক্তা অৱাৎ-অপা য়েংশিনবীরমদ্রবদি মখোয়গী ইমুংদু ফিভম তারম্লরোই। পিক্লিবী তমুবী মমাগী মনাক্তগী হেন্দোক্তে, অমুক হন্না মমানা হোস্পিতাল চৎখিগদ্রা কিজরি। মরকসিদা থোইবাগী মরুপশিং লাক্তুনা তম্লে, চীনবাঞ্জাও অমনা মাবু য়াম্না হংবনি। মখোয়গী কেম্প ময়াদা চৎলুবগা নুপাদুনা হেক্তা লাউরকই – ' তোইৱা কম, তোইৱা কম।' মাগী ব্রাহৈদু মখোয় লোইনমক চীনফা পুরে।

নোংমা হাজিরা শূরুবদগী হল্লকপা শাজৌ নুমিদাং চাক চাদনা হিপফমদা চঙখি, লোক খুল্লাইনা নারে। মহাক্লা থবক চৎতবগা ইমুংদু চাখুমগী থৌরাং লেপ্লে। অতোপ্পশিংদা তোয়মন্না হংবগী ইকাইবদা পিক্লিবী তমুবীদগী হৌনা মখোয় চরা হেনববু থওইনদ্রে। মচলনা করিমত্তা চাদনা তূমখিবদা থোইবা য়াম্না কপ্লিংখি।

নোংঙানবগা থোইবা মমাগী ফিভম য়েংলিবা মপাগী মনাক্তা লেপ্লে।

" বাজী, ঐ চেঙ লৌরুগে।"

" কদাইদগী ?" শাজৌ মথ্বায় ব্রাবনা খোঞ্জেল ব্রাংঙি।

" গুর্খা কেম্পতগী, মখোয়গী মরক্তা ঐবু য়াম্না লুনা তৌবা অহল অমা য়াওরি, হৌজিকসু মহাক লৈরমখিবা য়াই।"

" কদাইদা লৈবা কেম্পনিনোনে ?"

" হৱাইরৌদা। নোংমসু মখোয়গী লংগর পান্নবদুনা ঐঙোন্দা চেঙ য়াম্না পুখো হায়বনি, লূম্মনবদগী থন্নন্লে।"

" হোয়নে, নঙনা পান্নদবা লংগর য়াওখিদ্রবনি । এমঃ পিঃনা থিংলোইদ্রো ?"

" অহলশিংদি চঙহন্দে, ঐবুদি য়াগনি ।"

নারিবা মখোয়গীদি থোইনা খল্লুদ্রে, অঙাং অনীনা চরা হেল্লকপসিদা শাজৌ ঙাইহাক ৱাখল তৌদুনা তুমিন লৈ। মপা-মচা ঙাঙনবা মুন্না তারিবী মমানা কন্তক লাওবকখি।

" অঙাংদু থাদোকপীখিগদৌরিব্রা ?"

" কুইবকপদি য়ারোই ।" মমাগী ৱাহং মপানা নমথখ্রে।

থোইবা যূমদগী থোরক্লে। থোঙ্গান্দা অঙাং মরি লেপ্লম্মী, মাবু হৌবা লাকপনি। থোইবা উবদা মখোয় হরাওনৈ, অমদি কন্না চেনশিল্লকই।

" ঙসিদি চৎপা যারব্রা ?"

থোইবানা মঙক নোম্বদা মরুপশিংদু ফন ফন চোংদুনা চৎপা হৌই। মফি শেৎতবা অঙাং অমদি ইন্থোক্লম্বদা কপ্পুনা লৈহৌরে।

" বৃটিশ কেম্পতা চৎসি ।" মাঙথংবা অঙাংনা হায়।

" কবম্বদা, অনকপদ্রা, অথাপ্পদ্রা?" মরক্কী অঙাং তোয়না চৎপনি।

" বি কম্পনিদা হান্না চঙসিরা।"

" মখোয়দি তানগনবনি।"

" অদুদি রাজপুট কেম্পতা চৎসি।"

" মাদ্রাজীনা ফৈদা।" অতোপ্পা অমনা হায়।

" নেগ্রোশিংদি কি ।"

" এঃ থোইবা য়াওরিসিদি।"

" আ চীংয়াদা লৈবা গুর্খা কেম্পতা চৎসি, মখোয়দি নুমিদাংৱাইরম ফাওবা লৈরবসু চৈদবনি। নহাল ঐঙোন্দা শিখ্রবা সিফাই মঙাগী খোঙউপ পীরকই ।" তুং ইথং থংনা ইল্লিবা খ্বাইদগী পিকপা অঙাংদুগীসু মত পী।

থোইবা করিমত্তা ঙাঙদে, মাঙদদি হাইগৎলি। গোরাশিংগী বি কম্পনি মপা য়ৌরকপদা মখোয় তপ্পা চৎলম্মী । কেম্পতুদা চঙনিংবনা য়েংলুবা অঙাংনা খাম্মি ।

" সাহেব অমা মচীন শেংলি, মখোয়গী নপ নপ লাউবা অঙৌবসি থুম্বনি, নহাল ঐ খর তংদুনা য়েংখ্রে। নুপা অসিনা ঐখোয়দা মুন্না য়েংলিবসি উদব্রো? কৌগেদো ?"

কনানসু খাম্নদ্রবদা অঙাংদুনা হৌনা কৌই ।

" সার গুদ মোইং ।"

" গুদ মোরনিং ।" নুপাদু লেপ্তুনা য়েংলকখি ।

খৎলি খৎলিবা অঙাংদুনা থোইবাদা হংলুই । " করি হায়সিগে ?"

" নহালমখৈ নখোয়না হায়বদু অদুমক হায়য়ু ।"

" য়ু মাই ধোবী ।" অঙাংদুনা লাউরম্মী।

গোরা নুপানা পীশূম শুক্তোক্লুনা তাল্লক্লে ।

" ফোকিন, য়ু বাস্তার্দ ।"

নুপাদু শাওরে খঙবদগী অঙাংশিং হৌদুনা চেন্নরম্মী । অমদি উপ্লা শিৎপদা চীনবান তৎলে, ঈনা মশাপূম্বা ইতৈ তৈরে । ইকাই খাঙদা কপ্তে, মানা খর হেন্না কিরিবদি ইন্থোকপীরমগনি হায়বসিনি । খ্বাইদগী পিকপা অঙাং হঞ্জিল্লগা তঙক তঙক য়েংলম্মী ।

" মখোয় বি কম্পনিগী মীশিংসি ফত্তে, সি কম্পনিদা চৎসি। নহাল ঐখোয় অহুম ফি শূরুবদা দবলরুতি মরি মরিগা য়েরুম অফুৎপা অনী অনীগা পীজৈ। সাবন অশাংবা অমমসু পীরকই। নিংথেমদি মথীবোং য়াওখ্রবা ; মখোয়না পীবা শা মতূমসু চারিবা, মদু উবদা ঐ ওবনি ।"

মখোয় মঙানা সি কম্পনিগী মপা য়ৌরকপদা নহা ওইরিবা মশক ফজবা গোরা অমনা মখূৎ থাঙ্গৎলকই ।

" হোয়া ?"

" য়ু মাই ধোবী ।" খৎলি খৎলিবা অঙাংনা খুমখি ।

" য়েস য়েস, খমোন ।" গোরা নুপানুনা কৌশিল্লকই।

" থোইবা ফি শূরুসি ।" অঙাং অমনা হায়।

" ঐ ঙসিদি য়াওররোই,নখোয় শূরুরো। ঐ মফম অমদা

য়ৌরুখিগে।"

মরুপশিং থন্নমন্নগা থোইবা সড়ক ইন্না লাকপনি । মা কোমাখোয় কম্পনি মপাসু হেন্দোরক্লে ; মখোয়গীদা চেঙ লৈগন্দে খঙবনা অরাং পাংনা খাইবা লম্বী অমদা অমুক ইল্লক্লম্মী। গুর্খা কেম্প য়ৌরকপগা সন্ত্রিনা থৎতুনা থম্বদা নুপা অমা চেন্থোরকই । ধনবহাদুর ওইরম্বদা মা নুংদা নোকচৈ । অহলদুনা মাগী মখূৎ পায়ররে ।

" তোবা, বোলো ক্যা হাল হৈ ?"

" মাতা পিতা বোগী হৈ ।" থোইবাগী মিৎ অনী পিনা থূম্মী ।

" দুখী হৈ ?"

" চারল নহীং ।"

কম্পনিসিদা খ্বাইদগী অহল ওইরবা ধনবহাদুরনা চেঙ সের তরারোমগা ঘী কৌতা অমগা খাউদা হাপ্তুনা থোইবাদা শিন্নে। মা মনমদা খাউ পোখৎতুনা লৌবুক শন্নগা হোবে হোবে চেল্লক্লম্মী । মফম অহুমদগী অহৌবা সাইরেন খোংলকপদা মা নাইতোম চৎপনা খর পাখৎলি, চপ লেপ্তুনা মায়কৈ মরিদা লৈদুনা য়েংলম্লগা অচৌবা লৌরী মরুম অমদা উপ্লম্মী । মিনিট তরারোমগী মতুংদা কোমথোকপগী সাইরেন অমুক খোংলক্লবদা মা হৌগৎতুনা চেল্লক্লে ।

থোইবানা য়ূম চঙলকপদা মমা-মপা অনী স্বর চনীং তানা হোল্লে। নুমিৎ য়াম্না ৱাংখ্রবনি, তমুবী অরাম্বা খাঙবদা ৱারক্লে । হৌজিক থোইবানা চাক থোংলগা ময়ামদু পীজবা তারি । মানা তেক মচা অমদা ঈশিং হোনবা উরগা হেমা চেল্লক্তুনা পাংলৈ ।

নুমিৎ তরানি চপ চানা ঙম্লদ্রবা শাজৌ ফরকপগা থাবল্লেসু ফনা নীংথিনা কল্লে । মখোয় অনীনা চৎথোকপা ঙমদ্রবা মতমদা অঙাং থোইবানা ইমুং পুনবা হোৎনখিবদু অরায়বা থবক নত্তে, মচাবু থাগৎফম থোকই । কুইনা পোত্থাদুনা লৈথোকপা য়াদবনিনা শাজৌ হাজির থবক চৎপা হৌরে ।

কোমানা তত্তনা মহাকপু হংঙি হায়বা পাউদগী থোইবা নোংমা চুমদ্রিং মখোয় কেম্প তম্না লাক্লম্মী। থা অনীগী মতুংদা মশক উবদা কোমানা মাবু য়াম্না নুংশিনা লেংবান্দা থাঙ্গৎতুনা কেম্প মনুংদা পুশিল্লম্মী ।

মঙোন্দা মতম কুইনা লাকখিদবগী মরম হংঙি । মমা নাবদগী চৎথোকপা য়াদবনি হায়বা থোইবাগী ৱাফমদা কোমা শাওই, করিগী মঙোন্দা তাক্লক্তে হায়বনি ।

কোমানা হায়, " তোইৱা, য়ু মি ফ্রেন্দ্রস ।"

" য়েস য়েস, " থোইবানসু নুংশিজবা উৎলি , " য়ু মাই অঙ্কল ।"

থোইবাবু অমুকসু লেংবান্দা ফমহন্দুনা কোমানা পুই । মখোয় অনী লংগর তম্না লাক্লম্মী । মখোয়গী চাক থোংবগী মওংদু থোইবা হান্নদগী খঙখ্রে , য়েংবদা নুংঙাই । লম অহুম্না কোনবা অচৌবা খাং অমদা মখল কয়াগী পোৎ হাপ্তুনা চগেমগী মওংদা থোংবনি । চেঙ, হৱাই, আলু, পান, খোংদ্রুম, তিলহৌনচিংবা পোৎয়ান য়াম্মি । পূং অমরোম ওৎ ওৎতুনা শৌহল্লবা তুংদা মহী অমত্তা য়াওখিদ্রে, ফদ্রুৎ ফদ্রৎ মখোল থোবকই । হাপচিনখিবা ময়ামদু পোৎশক অমত্তা ওইহল্লি। মী অহুম মবিনা তংদুনা য়েংলবা তুংদা খাং মনাদা অচৌবা উশাং অনী লোন্দুনা মী তরানা মখাদা থাংথরগা থম্মি । অসিগুম্বা তাঞ্জা য়ৌরকপগা কেম্প অদুদগী থোইবা হেক থোরকপনি ; মখোয়গী চাক চাও হায়রক্কনি হায়বসি মা তশেংনা কিখি । অদুবু, ঙসিদি মা লংগর ময়াদা কোমাগা ৱারী শানরি ।

" তোইৱা, য়ু মি গো মায় কন্তি । " লাল লোইরগা মখোয়গী দেশতা চৎলুসি হায়না কোমানা তোয়না নিংশিংঙি ।

" নো ।" থোইবা ঙসিসু মঙক হাই ।

" ৱাই ।"

" মাদব, ফাদর নো ।"

থোইবাগী মমা মপানা য়ারোই তাবদা কোমা নুংঙাইতনা য়েংলম্মী অদুবু নুংশিনদি নোকই । মখোয়না ফম্লিবা মফমদগী য়াম্না লাপ্তুনা সড়ক অচৌবদা জীপ অমা তপ্লপ লাকপা উই । জীপ থৌরকপদু থোমাসনি খঙবদগী থোইবা মনাক নক্না চেনশিনখি ।

" ফ্রোম শিঙ্গাপুর হোএন ?" থোইবানা কৈদৌঙৈ লাকই হংলুই।

" য়েষ্টরদে । হাও ইজ য়ুঅ মাদ ? "থোমাসনা থোইবাগী মমাগী ফিভম য়াম্না খঙনিংলম্মী ।

" নাও গুদ ।"

" গুদ ? ওল রাইত ? "

" য়েস, ডাক্তর গুদ।"

থোমাসনা থোইবাবু জীপ্তা হাপকৎলগা পুরক্লম্মী। গোরা ময়াম ফুটবোল শান্নফম এরোদ্রোম লম্পাক মচিদা মাবু কূমথহল্লে ।

" সিট এণ্ড ৱেট মি হিয় ।" মহাকপু ঙাইনবা হায়রন্নগা থোমাস জীপ থৌদুনা চৎখ্রে ।

থোইবা ফুটবোল শান্নবা য়েংবদা চরা হেনবা ঙম্বনি। মীওই ফজরবা ময়াম অমনা থৱায় চঙনা শান্নবা বোল নুংঙাইনা থোকখিবনা মঙোন্দা মতম হৌখিবা খঙহৌদ্রে : তশেংনা মথন্তা ফল্লি হায়বা কাউখ্রে।

ঙাইহাক লৈবগা কা হেন্না চাউদবা শাতুম্বী প্লেন অমা থোইবাগী মনাক নক্না চঙশিল্লকখি, মনুংদগী মখূৎ হাইরকপা পাইলোত্তু থোমাস ওইরল্লে । থোইবা য়াম্না চাউথোকচৈ , মহাক্না করি তৌগদৌরি হায়বদা হেন্না পুক্লিং চঙলে। তশেংনা মা ফুটবোলগী নুংঙাইবা কাযবে, থোমাসনা নোংথক্তা হাইগৎখিবদু মুন্না য়েংলম্মী । পল্লেল মপাদগী মমায় লৈদুনা হল্লকপা প্লেন থোইবাগী লৱাই শম খেৎনা য়াঙনা পাইখ্রগা খোংজোম মপাদা মশক উদবা মখৈ লৈচিল মথক লান্না ৱাংখৎখি । মীকুপ অমগী মনুংদা মানা ফল্লিবা মপাদা মকোক্না য়ুংথরকই । লৈবাক্তা য়ৈশিল্লগনি কিবনা মহাক পাখৎনা চেন্থোক্লম্মী। অহৌবা খোঞ্জেলগা লোয়ননা প্লেন চপ য়ুংনা লৈ লৈদুনা হায়গৎলি, চেপ্না অমুক লোংনা অমুক কোয়না কোয়না পাইখি । অমুকসু লৈচিল মথক্তা লিংখ্রগা থোক থোক ওন্দুনা তারক্লম্মী। নুংশা থীরবা থোইবা মুন্না য়েংবা ঙমশিল্লক্ত্রে, পাইলোত্তু থোমাসনি হায়বা খঙলমদ্রবদি মাগী নুংঙাইবা কুমহৈ অমা ওইবমগদবনি। খঙহৌদনা এরোপ্লেন লৈমায়দা শুজিল্লগদবগুম নেমথরন্নগা অৱাং লোমদা অমুক ৱাংখৎখি। লাপ্না চৎলুদে , হু হল্লক্নুনা এরোদ্রোমদা তাররে, প্লেন মখারোমদা তপ্না চৎখি । থোমাসনা উৎখিবা কুমহৈদু চাওরাক্না পৃংখায় অমগী মথক্তনি।

থোইবাগী মিহুল খর নেমথরকপগা ফুটবোল্লোমদা অমুক মায় ওনশিল্লে। কুইদে থোমাসনা জীপকা থুংলখিবা, মাবু অমুক কৌরক্লম্মী। কম্পনি তম্না মখোয় হল্লকপদা অঙাং থোইবা খঙনিংবনা লৈঙমখিদ্রে।

" হাও য়ু দু প্লেন ?"

পাউখুম ওইনা থোমাস নোকখি । লম্বী ময়াদা লেপ্লম্বা কোমানা চেনশিল্লক্তুনা পাইলোত্তা সলাম কোৎলম্মী । মফমদুদা থোইবা কৃমথহৌরে।

পূং মরিগী কংসি য়ৈরকপগা লংগরগী অকোয়বদা অমুবা অৱাংবশিং চেনশিন্নরকখি । খাংজাউদগী খাবৈনা চগেম কোৎলগা প্লেত্তা হাপ্তুনা ময়ামদু লেপ্না লেপ্না চানৈ । কোমানা পোৎ য়াওবা খাউ অমা শিন্নরম্লগা চঙখ্রবদা থোইবা ময়ূমদা হল্লক্লম্মী ।

মবুংনা পুরকপা অচাপোৎ চাগদবগী তমুবী হেমাগা লোয়ননা থোঙ্গান্দা ঙাইরম্মী । মখোয় অনীনা থোইবাগী খাউ মুল্লি, হাংদোক্তুনা মনুংদগী পোৎ মথং মথং চিংথোকই । কমলা তরা , কিহোম অমা, বিস্কুট পেকেৎ অমা য়াওরম্মী । তমুবীনা বিস্কুট ফক্তুনা চায়, হেমানা কমলা খোকই ।

" করি কম্পনিদগীনো ?" হেমা সিফাইশিংগী মরমদা করিসু খঙদবনি, নুপামচাশিংনা ঙাঙনবা তাবদগী অদুক হংলিবনি । মাদি সড়ক্তা দ্রিল তৌদুনা পরেং পরেং চৎপা সিফাইশিং উরগা কিবনা ইমুংদা চেনশিনবনা য়াম্মি।

" চীনবাঞ্জাওশিংগী। কোমানা পীরকপনি ।"

" কোমানা ?" মিংদুদা হেমা নোক্লম্মী, " করম্বা মীনো ?"

" চীনবাঞ্জাওনি, ঐবু লুনা তৌখ্রবা ।" থোইবা চাউথোক্লপ তাক্লম্মী ।

" হয়েংনা কদোমদা চৎকদৌরি ?"

" বৃটিশ কেম্পতা, মখোয়রোমদা চৎতবা কুইরে , য়ৌরুগে খল্লি ।"

" এঃ মখোয়দদি অঙাংফাও চঙহন্দে হায়বদাইনে ?"

" চঙহল্লিদা, মীতা য়েংলগা। অহাওবা পোৎসু য়াম্না পীজে । মখূৎ শাংবা অঙাংসি হেক্তা খঙ্ঙি, নিংথেম্নুদি উবগা তানবনি । মাদি মখোয় মরক্তদা নত্তে, মফম পুম্নমক্তনি। নোংমা মেজর অমগী চুরুট হাপ্লবা অরংবা কেপ অমা হুরাল্লুবগীদমক মখোঙ নামনা লেপহল্লগা দঙি তৌখ্রে ।"

তমুবীগী মিৎয়েং ফারগা চীংখৈগী নোংথক্তা অঙাং অনীসু শুমাঙদা চপ লেপ্তুনা য়েংলম্মী । নোংথাং কুপখিবগুম অরংবা মঙাল অমা উখিবগা অয়াকপা খোঞ্জেল অমনা য়ৈরে । খোঞ্জেলগী তুং ইন্দুনা প্লেন অহুম নকশিল্লকপা উবে । মখোয়দগী কবোক পোকপগুম নোংমৈ মরু কাপথোক্লরি । করম্বনা কনাগীনো অঙাং অহুম্না খঙলুবা নত্তে, লাল তৌনবি হায়বগী অকিবদি ফাওই । মায়কৈ খুদিংদগী লাউনরকই - 'ফাইটর অহুম তান্নরি , ময়াইথংবসি জপানগীনি ।' শেম্বাংশিংনা পুকশ্রি ফাবা হানবা তান্নবগী মওংনি । খুল্লক্কী উতোন রাতোন, যূমথক খেৎনা লিৎ-লিৎতুনা তান্নে ; দ্রর-দ্রর-দ্রব কাপ্পবা খক লেপ্তে । মী অয়াম্বা পাখৎনদুনা লানকোমদা চেনশিন্নে । হেমানা চিংদুনা তমুবীসু লানকোম চঙখ্রে, থোইবাদি লেপ্তুনা য়েংহৌরি । প্লেন অহুমদু মথক্তা হাইগৎপা, মখাদা যুংথবা, চেপ্পা লোংনা পাইবদা হৈশিংবা হেন্না হেন্না উৎনৈ। লানকোমদগী হেমা চেন্থোরক্তুনা থোইবাগী মখূৎ পায়দুনা চিংলৈ, অদুবু মা কন্না খাঙলগা লাউরক্লম্মী, " ও ! থোমাস য়াওরমগনি ।"

পূংখায় চুপ্পা মীয়াম্বু মীপাইহল্লম্বা প্লেন অহুম মায়কৈ ফাংনা পাইনখ্রে । মখা পাংনা পাইখিবা প্লেন য়েৎথংবা মশাদা মৈ হৌদুনা নেমথখিবা উই । নোংপোক্লোমদা পাইখিবদুদি মৈবুল ওনখ্রে । অকায-অতোয় য়াওদ্রবা প্লেন অমদি অৱাং পাংনা তপ্লপ পাইখি ।

অতিযাগী লাল নেমথখ্রবদা কেম্প, কম্পনি, প্লেটুন মফম খুদিংমক্তা চাইথোক্লম্বা সিফাইশিং পূন্নাঙ লাঙনরক্লে। তমুবীনা মাঙ থাদুনা হেমাসু লানকোমদগী থোরকখি ।

হেমাগী মমা ললিতা মথ্বায় ৱানা চেল্লক্লম্মী । অঙাং অহুম শুমাঙদা লেপ্লম্বা উবদা স্বর শাংনা হোন্দোক্তুনা লৈমায়দা ঙাইহাক ফমথরুই । নুংশা থীরবী মমাগী মনাক্তা হেমা চেনশিল্লকপগা ললিতানা লাউরকই, " হো ! অসিদি করিনো !"

ললিতানা য়েংবা মায়কৈদা অঙাংশিংসু লৈথোক্লুই, মপুক্তগী ঈ অর-অর হৈথরবী ষনবী অমা চেনশিল্লকপনি, খোম খায়দ্রিবা মচাসু মখোঙ অহুম্না চোং চোংদুনা ইন্নরক্লি । শঙ্গোল য়ৌরকপগা ষনগী ঙাইহাক থক থক নিক্না খাঙলম্লগা কুম্থখ্রে । মচাদি হৌনা হৌনা খোংলি । থোইবানা

শঙ্গোন্দা চঙশিন্দুনা য়েংলুবদা ষন্নাওগী য়েৎকী খুদুং তেক্লে , ঈ তাবা লেপ্তে। ষনবীদি মখোঙ অনী অমুক্তং কন্না কাওরম্লগা শিৎ তিংথোকখ্রে। যূম্বু অঙাং অনী তৌফম খঙদবগুম কপ্লম্মী।

মজদুর ওইরুবা খুঞ্জা পূন্নমক ময়ূম ময়ূমদা চেন্নরক্লে । মায়কৈ কয়াদগী লাউনরকপা খোঞ্জেল কনখৎনরকই। শাজৌগা থাবল্লেগসু ময়ূম য়ৌরক্লে। শঙ্গোন্দা ললিতা অঙাংশিংগা লোয়ননা লৈবা উবদা মখোয় অনীগী অৱাবা খরদি মাঙখ্রে। অদুবু নকশিল্লকপা মতমদদি ষনবী ষন্নাউ অনীগী ওইরম্লিবা ফিভম উরুবদা থাবল্লে কপ্লকখি, শাজৌদি ৱা অমত্তা ঙাঙদনা শিরবা ষন্দা নান্দুনা লৈ। মখোয়গী অৱাবদা শকুক যাবির্বা ললিতানা পাউ তল্লে।

" ঐগী লাইবকসিদি ! " শাজৌ থম্মোয় শোক্লা হায, " লালসিনা ঐবু ঙাক্তা মাঙহন্নবা থিরি, হৌজিক নোংথক্তা কাপ্লখিবদুদা শোকপনি।"

শাজৌ তশেংনা তেংথাবামক্লি, মরমদি মহাক্কী ইমুংগী মচং ওইবা লন হায়ববু ষনবী-ষন্নাউসি নত্তনা লৈশিল্লক্রবনি। লৌগী থবক লেপখিবগা লোয়ননা অনা-অয়েক য়াওখিবনা পুশিল্লুবা শেল শিংনবা মহাক্কী আশা ষনবী ষন্নাউদা থল্লকপনি ; অদুবু মখোঙ মরি পানবা লনথাগনু হায়নবদু চপ চানা থোকখ্রে ।

ললিতা হেমা পুরগা চৎখ্রে। লৈরক-লমজাওদা মযাম ঙাঙনরকই, – ' কর্নেল সাহেব অমা খুল্লক্তা অশোক অপন য়েংবা লাকই । মী শিবদি য়াওদে, তরানিথোইদি শোক্লে হায়নরি ।'

নাকলগী লম্বীদা সিফাই অচৌবদু জীপ থৌদুনা লাকপা উবদা থোইবা চেন্থোক্তুনা সলাম কোৎলুই, গাড়ীসু থৎলি। জীপ খামখিবা কর্নেলনা অঙাংগী থৱায় ৱাবা শকফম মুন্না য়েংঙি। থোইবা কন্না লাউবম্মী, " মাই কাউ দেৎ ।"

কর্নেল সাহেব থোইবাগী ভুং ইন্নদুনা চঙলক্লে । অশিবা ষনবী অমসুং চৎপা ঙমদ্রবা ষন্নাউ য়েংলগা শাজৌগী মমিং মথা কুপ্না ইশিন্দুনা থেমজিল্লম্লগা সাহেব চৎখ্রে ।

নুমিদাংৱাইদা শাজৌ অশিবা ষন ফুম্নবা ইঙ্খোল চুথেক্তা কোম তৌরম্মী। থাবল্লে মনাক্তা নুংবঙনবগুম তুমিন ফল্লি। লালনা চাইখাইদুনা

হাজিরা শেল ফংলক্তবনিনা চেঙ ব্রাল্লুনবা উপায়নি মখোয় অনী ঙাঙথোক্লদবা লোন্দা ফাওনরিবা। য়ুল্লোন্নবশিংদগী পূরুবা চেঙ মেরুক তরা শিংদোকপা ঙমদবগী ইকাইবা পুরিবা থাবল্লে তপ্না মপি তৈথোকই। শোৎলুবা পোৎ পূরুবা শেলনা শিংদোকপা তোয়শিলক্লে। নুমিৎতু মচানা পুরকপা বিস্কুট চাবগা মমা-মচা মখোয় মবি লেনখি।

লান্না শাজৌগী ইমুংদা পীববা অব্রাবা চৈথেং তোমাল লোইনমক উই। নুংঙাইতনা শোল্লবা নত্তনা মহাক মতেং পাংবদি ঙমদ্রি ; মহাক্কী ফিভমস্ অমহাগী অমহানি। মরমদি, মখোযগী হিংনফম ওইরম্বা লৌফমদা শগোল শঙ্ শাজিনখিবনা ফৌ শংবাই অমা লোক্লক্লবা চহী অনী হায়রক্লে। ষন লাবা পাবোৎ অমস্ বোম তাবদা মাঙজখ্রবনি। হৌজিক মহাক্কী হিংনবগী উপায় হায়বব্ ঠিকাদার অচৌবা অমগী তফাদার ওইবগা লোয়ননা মোহোরীগী খবকসু তৌবসিনি। মসিদগী ফংলকপা শেল ললিতানা লিক্লা শিজিন্নদ্না ইমুং পুনবা হোৎনবি। অদুবু তেমানা মবক মবক্তা মপানা মমাদা শেল য়াম্না যাম্না পীরে হাযনা থাবল্লেদদি তল্লে।

ব্রামনলকপদগী নোংমদি থাবল্লেনা হায়, " তা-তোমালখোয থবক্তু য়াওজগে খব হাযযুবা।"

" যারক্কনি থাজদে।" শাজৌ হৈনিংদনা খুন্মি।

" কবিগী ?"

" ঐগী চন্নফম লৈতবা, অঙাং ওইবিঙৈদা পাটীগণিত তমহৌদ্রবা তা-তোমালদি অঙ্ক য়াম্না তৈখিবনিনা হিসাব শূবা ঙম্লমগনি।"

" ফজরি. নঙদি অমম্বা অহিংদা চেনবা তমখিবা।" থাবল্লে কংলপ নোকই, " হৌজিক্তি নোংম-নোংমগী ফংলকপা হাজিবা শেলসিদা লেনবা তারেদনা।"

" অসি নত্তবা করি উপায লৈরি ? মীনা শেল ফংনখ্রে হায়দুনা কল্লকউবা যারিব্রা ? চেক্লা খোঙনা হৈবা খোঙনা, চীন্না হৈবা চীন্না।"

" ঠিকাদার খরদি শেল থম্ফম লৈত্রে , মোন মোম্পাক্তা শেল হাল্লগা তূম্নরেবু হায়নৈ।"

" নহাল মাগুবতা ঠিকাদার ময়াম লক তান্নদুনা বাসক ইশৈদা শেল থানখিবদু কুমহে ওইদ্রিব্রো ? য়াল্লবা নোটনা লৈ পরেং ওইনা হুক্লবসু

য়াওরিবদুনি ।”

“ অমদি শেল চবুন চবুন্নি মনুংদা চাইশিল্লকখিবা ।”

“ মমৈথংদা ইশৈ শকপীশিংদু ইমুংদা চেনশিন্নখ্রে, মখোয় তশেংনা পাখৎখ্রে।”

“ খঙদ্রেদা, ঐখোয়না লূপা অমা তানবদনা ৱাজখিবা ; মখোয়না উতোন-ৱাতোন্দগী হেকপসি মঙায় ।”

“ শেলয়াম পায়বা মখোয়সু মপুক থনবা ফাওবতনি চাগদবা,লাইরবা ঐখোয়সু । থাবল্লে নাদবতা লাই খুকমসি, পঙৱাসু ৱারুরনুসিদা ।”

“ হিংনবদি হোৎনগনি হায়ববু হৌগৎপদি ৱাগদৌরি । শেন্দোল ময়ামসি খল্লুবদা কোকপু ঙাওই, শিংদোক্লবা উপায় করিনো ? খুল্লাকপীগী ফৌদু মরূনা মরূ পোকপনি, হাকুম ফৌপোৎ মঙা লৌকবদা কুমসি শিংহৌদ্রে, নোংমৈদি কুন থোক্লে । লুখ্রা শামু লোইবীসিগীদি ফাগি য়াপোৎ নত্তে, মঙোন্দা অথী-অথা যেংবগী ৱা লৈতে ।”

“ লৌউদ্রবা, ফৌ মেরুক অমসু হাপত্রবা ঐখোয়না কদাইদগী ফৌপোৎ কুন্নো ?”

“ অদুনি, ঐখোয় অনীগী থৱায়না শিংদোকপসু য়ারোই, মহৎ ঙমদ্রবসু মথোই পীথোকউ হায়না থৌরবনা মরোল অমা । অঙাং অনীগী মহৈ মশিং তমহন্নবা করি থৌরাঙ তৌবা ঙমগদৌরি,থাজরক্রে । মখোয়সু মীনাই ওইদুনা তোক্লরনি ।”

“ খঙদ্রে, ইনাক খুনবশিংসিসু লাল্লকসিদা পঙথৌদা মথৌই ।”

“ লাল অসিনা ঐখোয় খক্তবু তান তান্দুনা ৱাহল্লব্রা , ঐখোয় পূন্না হাৎতোকপীখিবসু নত্তনা । নোংমগী চরা তানবদা ৱারবা ঐখোয়না করম্না ময়ামসি কুপখৎকদৌরিবনো ? শেল থৌবা মী লাক্কনি খল্লুবদা নোংঙালহন্নিংদবা হায়বদু য়ৌরবনি ।”

“ থাবল্লে, হায়বসু হায়বনি, খর হেন্না শেল থোক্কদবা লম্বীদু ঐ কন্না য়েংলিবনি ।”

মমা-মপা অনীনা ঙাঙনবা ৱা তারিবা থোইবানা খল্লি — গোরাশিংগী সি কম্পনি লংগরদা মানা তল চামা হৌবদা লুপা অনী পী ।

মপানদি চনী হৌবা ঙমগনি । অদু ওইরবদি মখোয়না নোংমদা লুপা তরুক তানগনি, য়ুমদা চানবসু পুরক্কনি, হায়দুনা য়েংগে ।

মথং নুমিৎতা অঙাং থোইবানা লংগর পান্নবদা মপাবু তল হৌবা য়াওহন্নবা হায়নরুই,অদুবু অহল অমত্তা চঙবা য়ারোই হায়দুনা য়ারক্লে । নুমিৎ অদুদগী মশাসু মফম অদুগী লংগরদা অমুক হন্না চঙখিদ্রে ।

নোংমদি থোইবা মমা-মপাগী তুং ইন্দুনা হাজিরা শূবা চৎলি ; লম্বীদা নুঙ চাইখাইবগী থবক্লি । চীংয়াদা শেন্বা লম্বী অদুদা থবক শূবা নুপা নুপী কাঙবু কাঙবুনি লৈরম্বদু । থোইবা উরুম অমদা মমা-মপাদগী খর লাপথোক্লা ঙাইহাক পোত্থারিঙৈ মতমদা মখাদা থবক শূরিবী নুপীশিং ঙাঙনবা তায় ।

" ঐখোয়বু নুপাশিংনা শূরিবা মফম সোমদা খর নকশিনসি কৈদৌগে? কিনরবা মফমসিদা হেক্তা লাকপা, শগোল হঞ্জিনবা কৈনা চায় হায়নবদু থোক্লরনি ।"

" হোয়নে নুপাশিংগা লাপথোক্লবা ফত্তে ।"

" ইমাই পেম্মা,করিবু তৌরক্কনি হায়বগে ,ঐখোয় অসুক য়াম্লিববু । "

" লিন্দা ফবীরেদা ইবেম্মা, হায়জরুনু ।"

" ঙরাংগীদু উহৌদদুনা হায়জরিবনি ।"

" ঙসিসু লাক্লবদি কিদবীসি পীথোকখিসি ।"

" ঙরাংগী নুপীদু লাউবকা নংহৌপোৎ নত্তেদা, লাংলক্তা-লুমদুনা লৈরম্বা ব্রামুক ব্রাংবা সিফাইদুনা তাপ ফারগা সোৎ চিংশিনখিবনি । মচীন মেনখিব্রা করিনো, ইরক্তুদা চেক-মোক লাউখিদ্রে ।"

" ঙাইহাক লৈরগা মশম-মনা ইফা ফানা ঐখোয়বু তাল্লকখি, মহাক কয়াগী মতিক মথ্বায় শোক্লা কপ্লম্মী ; মহাক্কী খল্লুবদা ঐ অহিং তূম্বা য়াখিদ্রে ।"

" কনা নুপীনো ? করি লমদগীনো ?"

" খঙলুরগা হংনরুরগা করি কান্নগনি, মচা-মব্রা কায়নগদবা ব্রাদুবু ।"

" অদুম তৌবা ফত্তবা সিফাইশিংবু অচৌবশিংনা হাত্তোকই

হায়নবদাইনে ?"

" উহৌদ্রবদি কনানা খঙগনি ?"

নুপীশিংনা ঙাঙনবা ব্রাফমদু থোইবা ভাব তাই,থম্মোয়দা সিফাইশিংবু তুক্কচবনা মখোয়গী কেম্পতা চৎনিংবগী ব্রাখল মাঙশিল্লকপগুম তৌই। নুপী ময়ামগী ব্রারী লেপত্রি।

" পুকচেল ফজবা, মীনুংশি চাউবা সিফাই কয়াসু থেংনৈদা।"

" য়াওই, য়াওই।"

" নহাল ঐখোয়না খোং অমা চোংবা ঙমদবদগী ঈশিংদা কুম্বা তারবদা সিফাই অনী চেল্লক্তুনা উবাক অনী থাবীরৈ, নুংঙাইনা লানহল্লকই।"

" ঙসি হুম্মি শুরে, ঐখোয় মরি যূমদা হল্লকপদা সিফাই অমা চেন্থোরক্লগা থুম অচৌবা মতুম অমগা দবলরুতি নিপানগা পীরৈ। থুমদু য়োল্লবদি লুপা কুন্দগী হেন্না শিৎকনি।"

" ইবেম্মখোয়, সিফাইশিংগী ব্রা ঙাক নত্তেদা। নুপী ঐখোয়না নুপাশিংগী মনাক নকশিল্লুবা হায়বসি শজিনা কৈগী ঈশিংখোংদা কুম্লুবগুম্বনি।"

" হোয়নে, য়াওগী ব্রাকৎপু করম্বা কৈশালনা খন্নবীবগে, উবীবগে ?"

" অসিনিদো,ময়ামসিগী মরক্তা, শূদ্রে ইচাশিং চরা হেনগদৌরিদো।"

নুমিদাংব্রাই পূং মরি তারকপগা মজদুর পূম্নমক ঠিকাদারনা খূৎশূমল য়েল্লকপা ঙাইদুনা লশ্বী মপান্দা পরেং ফম্মৈ। থোইবাগী লেংগাশিংনা মকোক্তা কোয়েৎ চাউনা য়েৎতুনা অচৌবা নুঙ মথক্তা ফম্নরি, হাজিরা মপূম ফংনবনি। থোইবাগী নৌরিবা শক য়েংলগা হাজিরা তঙ্খাই পীরম্লে।

মপা-মচা মখোয় অহুমগী লূপা অনীমখায় থাবল্লৈনা ফিজিদা পুল্লগা নুমিৎ তাদ্রিঙৈদা যূম য়ৌনবা চেনবগুম লাক্লম্মী। লশ্বী অচৌবদা হূই অমা শেন্নদুনা চৎলম্বা চীনবাঞ্জাও অমনা থাবল্লৈদা কল্লক মিৎয়েংগা লোয়ননা মনাক নকশিল্লক্লবা হোৎনবদা শাজৌগা মুক্লখি। মমৈথংদা খূৎ য়াওনরক্তুনা

শাজৌগা অমুবা অৱাংবদুগা কোন্নরে । শাজৌগী ওই নীংখোংদা চীনবাঞ্জাও মখা থংলে । লাপ্তুক য়েংলম্বা অতোপ্পা চীনবাঞ্জাও অমা চেল্লকপা উবদা থাবল্লে নুঙদুম অমা পায়খৎলি । নুপাদুনা মখূৎ থাঙ্গতুনা লাউরকখি ।

" তোইৱা, য়ু মাদর ফাদর ?"

" য়েস, মাই মাদর ফাদর ।" কোমা উবদা থোইবা ঙসিদি মহৌশাগুম হরাওদে ।

কোমা চেনশিল্লক্তুনা অমুবা অচৌবদু চিংথোক্লগা খোঙপাক্লা কাও-কাওদুনা পুখি। শাজৌ পাঙ্গল কা হেন্না শিজিন্নখিবনা নুংশা মপী হোল্লি ; খুকউ-খুরাই খরসু তকফাৎলে ; মকোক-মরু উফুলনা ঙৌরে । মচাগী মাংদা থোক্লিবা ফজদ্রবা থৌদোক অদুগীদমক থাবল্লে ইকাইবনা কপখি।

মতম কয়া কুইনা মীগীদা তাংদুনা লৈখিগনি হায়বা ঙমদ্রবা শাজৌ অমসুং থাবল্লেগী পুক্সি নুংঙাইবনা থাদোকপীরম্লবগুম মৈশা কয়া লাংলবসু হৌগৎলকখিগনি হায়বা আশাদা খূৎ চেৎনা পায়নরি । নুমিদাং থেংলক্লবদা য়ূমগী থোঙ লোনশিল্লগা শাজৌনা অঙাংশিংবু হিপফমদা কাখৎহল্লে । থাবল্লে ঙসি মমিৎ কেৎ উইশিনবা ঙমদ্রে, নুংথিলগী থৌদোক্তুনা খংপ্রেক খংপ্রেক পোৎথাহন্দে । নোংয়াই মতমদা থোঙ নমদুনা মপান্দগী লাউরক্লম্মী।

" খোল খোল ।"

থাবল্লে ফুক হৌগৎলি, কাঙখল মনুংদা থক থক নিক্তুনা ফল্লম্মী । শাজৌনা থোঙ হাংদোক্লুই । শঙ্গিন থেৎপা নোংমৈ লোয়নবা সিফাই অহুম চঙলক্তুনা হিপফম অনীমক্কী কাঙখল হাইগৎলম্মী ।

" জপান হৈ ?" অমনা হংলকপনি ।

" নহীং " শাজৌনা হায় ।

" ঠীক হৈ ।" সিফাই অহুম থোকখ্রে ।

নোংমৈ পায়বশিংদু চৎখ্রবসু থাবল্লে ৱা ঙাঙদনা ফল্লি । অহিংদু শাজৌ অয়াম্বা মতমদা মপান্দা লেনখি ।

নোংঙানবা অয়ুক্তা য়ূম্লোন্নবশিংনা ঙাঙনৈ, "ঙরাং অহিংদি মখা লৈকাইরোমদা য়ুঙাওবা চীনবাঞ্জাও ময়াম লাক্লগা নুপাশিং ফুরক্লে । চেক

লাকপা সিফাই খর থেংনরমদ্রবদি নুপীশিং খুদোং থীরমগনি । মরম অদুনা ঙসিদগী অহিং অহিং নুপা য়াঙ্খেদগী তাদনা লৈবা মফমদা নুপী অঙাংশিং পূল্লপ পূল্লপ থন্নসি হায়নরি ।"

অমনা অমুক মখা পাউ তম্মি, " তুরেল ব্রাংমা অসোমদসু লমহেনবা চীনবাঞ্জাও অমা থীনা ফুরগা ঈশিংদা ইন্থখ্রে হায়নৈ । ব্রা খরা থোক্লবা তারে ।"

অতোপ্পা অমনসু শমথৈ," খুল্লক্কী লৈরক অয়ুংবদা অচৌবা থাঙপাক পায়দুনা হাই হাইরগা চেল্লকপা চীনবাঞ্জাও অমনা পাখং অমগী ঙকশম তম্না য়ান্থরকপদা চোংথোকহৌবদগী হিংদি হিংহৌরে, অদুবু চাইরুং শরূ খর ককখ্রে ।"

পাউ ময়ামসিদা থাবল্লে নুংদা নিক নিক লাউই । মপাম লমদম ব্রাবগাইদা লালগী কা হেন্না শাগৎনবা লৈতে হায়নবা তায় । মবুং অমদি মরী-মতাশিং নিংশিংলকই, অদুবু মখোয়গীদা শাইদাংলুসি হায়বদি মচীন্দা পন্নিংদ্রে ।

মীয়াম ব্রারেপ্পবা মতুং ইন্না নুংথিলগী মতমদা তোঙান তোঙানবা মফমদা মাগী মাগী থবক চৎনরুরবসু য়াচংবা মতুংদগী অচৌবা য়ূম অমদা নুপী অঙাং পূন্না লৈনবা হৌরে । নুপীশিংবু থোঙ লোনবা ইমুংদা তুমহল্লগা নুপাশিংনা মপান্দা লেক্লে । মখোয়গী মরক্তসু পালি নাইনা মিৎশেল খাঙদুনা সন্ত্রি তানৈ ।

অহিং অমদি থাঙপাক পায়বা চীনচাঞ্জাও তরা শাজৌখোয় কাঙবু লৈবা শুমাঙদা ফুৎ ফাওজিল্লকখি । ' লাক্লে ' হায়না সন্ত্রিনা লাউরকপগা নুপা খুদিংমক মাগী মাগী খৃৎলাই পায়খৎতুনা ফুক ফুক হৌগৎনৈ । বেরচান,শুক, তা, লোঙ, শীংজঙ অমসুং থাঙশাং পায়বা নুপা হুম্ফুনা লালটেন থাউমৈ মৈঙান্দা লেপ্তুনা লৈবদা লমহেনবা চীনবাঞ্জাও তরা হন্দুনা চেল্লম্মী । মখোয়দু ময়াম্না তান্নৈ, অহুম নাম্থোকখ্রবসু তরুক্তি তুরে। অমদি শেবোৎ মাইরেল মরীনা কুপশিল্লবা লানকোম মনুংদা লোৎতুনা লৈখিবদগী কেরোসিন পেট্রোল হৈজিল্লগা মৈ থাদুনা হাৎলে ।

থৌদোক অদুগী পাউ ফংদুনা খুদক্তা লাকখিবা কর্নেল অমনা লোয়নরকপা সিফাইশিংগী প্লেটুন অমা থুংলবগা নুপা পূম্নমক কৌথোক্তুনা

*পরেং লেপহল্লম্মী। তমথীনা হাৎলবা অশিবা নুপা তরেৎ উরগা কর্নেল* খর লৈতাদবগুম শাওবনা ফি ফি কাম্মি।

" ব্রাই দু য়ু কিল দেম ? ক্যোং মারা ? " সাহেব মখোঙ থীল্লম্মী।

হাৎপগী মরম হংলি খঙলবসু ময়াম খুন্না ঙম্নদে, তুমিন তুমিন লৈনৈ। অহলশিংগী তুংদা লেপ্পুনা য়েংলম্না থোইবা সাহেবকী মাঙমক্তা চঙশিল্লকখি।

" সার, দে বেদ মেন ব্রান্ট ব্রুমেন।"

কর্নেল সাহেব ইকাইবনা খুবী চিকই। অশিবা তরেৎ গাড়ী মথক্তা হাপকৎলগা সিফাই প্লেটুন্দু চৎখ্রে। মীয়াম্না শাজৌগী মচা থোইবাবু থাগৎনরম্মী।

# ৭

খুঞ্জাশিংগা লমহেনবা চীনবাঞ্জাওশিংগা খূৎথোক্লবগী থৌদোক খরনা মরম ওইদুনা থোইবা মরকসিদা কোমাখোয়গী কেম্প মপা অদু ফাওবা য়ৌরুদ্রবনি । কোমাবু অমুক্তং উননিংবনা ঙসিদি মহাক লেংগা ওইবা অঙাং অনীগা নোংপোক পাংনা ৱারী শান-শান হাইগৎলক্লম্মী ।

" নখোয় অনী চীনবাঞ্জাওশিংগী কেম্প চৎতবা কয়া কুইরে? "

" ঙরাংতসু ঐখোয় মপাদুদা চৎলুই, চঙদি চঙলুদ্রে।"

" কোমা উরম্ব্রা ?"

" উরম্মী, নঙবু হংবদা লাউরকই 'তোইৱা কম।' ঐবু য়াম্না লুনা তৌবা মোসবাবাসু লৈহৌই ।"

" চিকমারুদি উরমদে । অদুবু মখোয়দি মপুক ফবনা ময়াম্না হাৎপদা য়াওরম্লোই ।" অনীশুবা অঙাংগী থাজবনি ।

অঙাং অহুম অসুম লাকপনা অথাপ্পদগী উরে, কোমাখোয় কেম্প পূমহাঙ হাঙখ্রে, তম্মুর অমত্তা উদ্রে। কোমাবু উনহৌদবগীদমক নুংঙাইতবনা থোইবা মখা চৎথনিংখিদে । পান্দম য়াওদনা মখোয় অহুম সড়ক মপানগী অচৌবা লৈবূং অমদা ফম্লম্মী । তপ্পা থৌরকপা কাংখোঙ তরা পানবা অচৌবা গাড়ী অমা মখোয়গী মনাক নক্লা খাম্লরে । গাড়ী মথক্তা মখোয়গী মরুপ অঙাং মরি য়াওরি ।

" থোইবা, নখোয়সু লাও, কাখৎলকউ " অঙাং অমনা কৌরকই।

" কদাইদনো?" থোইবা ঙক্তক য়েংলম্মী ।

" সিনিমা য়েংবা"

" কদাইদা?"

" চীংগী হোলদা।"

লাইথেনফম চীংদুমগী খা থংবা চীংমায়দা ফজরবা অচৌবা সিনেমা হোল অমা লৈ হাযবা অঙাংশিংনা খঙবা কুইরবনি। মফমদুদা সিনেমা শান্নে খঙলবসু সাহেবশিং নত্তনা কনাবুসু চঙহন্দবনা থোইবা য়েংনিং-য়েংনিং তাঞ্জা ফংবা ঙমদনা লাকখি। ঙসি মদুদা সিনেমা য়েংবগী ব্রাফম অমা হৌদোবকপদা হবাওরবা অঙাং অহুম গাড়ীরোমদা চেনশিল্লি। ড্রাইববনা কৈরাক থাবীদুনা মখোয় অহুম্বু কাখৎহল্লে, নোংপোকলোমদা চুমদ্রিং গাড়ী থৌবক্লে। লাইথেনফম চীংদুম য়ৌরকপগা গাড়ী খামদুনা মখোয়বু কৃমথহন্দুনা ড্রাইবরনা মখোয় তরেৎপু চীংথক্তা তম্বুর খন্দুনা লৈবা গোড়া সাহেব অমগী মনাক্তা পুরম্মী। সাহেবনা মখোয়বু তম্বুর শঙনুংদা কৌশিল্লগা ফমহল্লি, জাম অমদি মাখোন তৈরবা দবলরুতিগা েোয়ননা অচৌবা মগতা হৈবা চা পী অদুগা ফি অমা শৃবগী মওং উৎলি।

" ব্রাশ দিজ এত য়ুঅ হোম, ব্রিং দেলি ইন দ মোরনিং।" ফি শৃ হায়বনি ভাবনা শানবা নত্তনা অশেংবা মরোলদি থোইবা খক্তনা খঙবনি।

" য়েস সাব, " থোইবানা হায় " বত বক্সিস?"

" ওহো, য়েস," সাহেব নোক্লম্মী, "ফোর অনা অ ক্লাথ।"

" নো, এ রুপী।"থোইবা মমাঙদগী থবক অদু তৌরক্লবগুম হায়।

" হাফ অ রুপী। " সাহেবনা অরোইবা ওইনা লেপ্লে।

" হোএন স্তার্ত ? " থবক হৌবগী মতম থোইবা খঙনিংখি।

" ফ্রোম তু-দে।"

" নো, ফ্রোম তুমরো।"

" ব্রাই ? "

" তুদে ৱি ৱান্ট সিনেমা।"

" য়েস য়েস, " সাহেব মঙক নোমদুনা হৌগৎলকখি, " ইতস তাইম, ফোলো মি।"

থোইবাগী মওং য়েংলগা সাহেব নোক্লম্মী, নঙ্গন্দসু নুংশিনা পোপ-পোপ ফুই ; মখোয়বু হোল তম্না পুরক্লে । মমাঙ ইথং থংনা থাবা চৌকি পরেং অমদা মখোয়বু ফমহল্লম্লগা সাহেব মপান থোকখ্রে । লৈমায়, ফক্লাং শিং নান্না ফজরবা হোলগী মনুংদা ফম্লুবদা মখোয় য়াম্না চাউথোকচৈ, অথং অহৈ শাদুনা ঙাঙনৈ ।

মাঙদা খল্লিবা অঙৌবা ফি-নত্তনা অতৈ করিসু লৈতবদা কদোমদগী অমদি করম্বা সিনেমা থোরক্কদৌরিবনো হায়বসিদা মখোয় ঙক্লরি ; হৌহন্নিংবনসু লাংতক্লবে । মপান্দা মরুপশিংগা ৱারী শানরিবা মখোয়গী সাহেবকী নাক্তা থোইবা চৎখি, ঙাইঙমদবনা হংলুরে।

" সিনেমা তাইম ?"

" য়েস, ইতস তাইম, বি সিতেদ কুৱেত ।" সাহেবনা হৌগদৌরে তাক্লকই।

ইঞ্জিন অমা ঙংবগী মখোল তাবগা হোল মনুংদু পূমঙান ঙাল্লক্লে । লেপ্তুনা চঙনরকপা সাহেব ময়ামগী মরক্তা মেম খরসু য়াওরি । অঙৌবা ফিদা মী থোকপা হৌরকপগা হোল মনুংগী মৈ মমখ্রে ।

মরী মরী চৎলিবা হৱাগাড়ীশিংগী নাকন্দা নোংমৈ পায়বা সিফাই ময়াম পরেং পরেং চৎলি । মখোয়গী মথক্তা পাইরকপা এরোপ্লেন অমনা থাদরম্বা বোম পোকখায়রকপদা সিফাই কয়া শিরি, মখোঙ-মখুৎ ককখ্রবশিংনা ওন-থোইনা লাউ-খোংলি। মায়োক্লনা থৌজিল্লকপা হৱাগাড়ীশিং, পাইশিল্লকপা এরোপ্লেনশিং, অমদি অকিবা ফংনা কাপশিল্লকপা নোংমৈগী খোঞ্জেন্দা অঙাংশিং য়েংবা ঙম্নদে, চৌকি মখাদা পাকথদুনা খাঙবা য়াওনরে । থক থক নিক্লবা অঙাং অমনা মাঙ থাদুনা মখোয় তরেৎ মপান্দা চেন্থোরক্লে । মখোয়গী তুংদা তান্নরকখিবা সাহেবনা থোইবাবু লেংবান্দা ফারগা নোক্লম্মী ।

" য়ু ডোন্ত লাইক ইত ?"

" নো।" থোইবা নোক্লবসু মমিৎ অনীমক ঈরা শিল্লি ।

" গোইং হোম ?"

" য়েস।"

" তেক দ ক্লাথস এন্দ দিস পাস ৱিথ ।"

সাহেবনা চে অমা থোইবাদা পীরগা ড্রাইবর কৌদুনা অচৌবা ফি ময়োম অনী গাড়ী মথক্তা থাংগৎহল্লম্মী । অঙাংশিংবু থিল্লুনবা হায়রল্লগা সাহেব হোল মনুংদা চঙখ্রে ।

সিনেমা হোলদগী নাম্তোরকপদুমক মখোয়গী অৱাবা কোল্লবনি খন্নখ্রবা অঙাংশিং গাড়ী মনুংদা হরাওনা নোক্লরম্মী ।

" মখোয়গী সিনেমাদু কিকো, কদোমদগী থোরক্লিবনো ।"

" অস ! ঐদি কোক ঙাওবনা ওদৌরম্লে ।"

" এরোপ্লেন অমা পাইশিল্লকপদুদি ! "

" চৌকি মখাদা পাকথবদু কনা কনানো, ঐদি নোংমৈনা পানখ্রে খল্লুরবনি ।"

অসুম লাকপনা এরোড্রোমদা গাড়ী লৈশিল্লকখি । নুমিৎ তাখ্রবদা অঙাংশিংনা ময়ূম ময়ূম নিংশিংলকপগা লোয়ননা এরোপ্লেন তাফমগী ফজবা শক্তম্না মখোয় অতোপ্পা দেশ অমদা থুংলুরবগুম খন্নরে । নাকল ওই-য়েৎ অনীমক্তা নেম্না থানবা বিজলী থাউমৈগী মঙান্দা মুশুক মুরবা লংত্রিক লংনা শিৎ-নানবা মাইল অনীগী এরোড্রোম মতিক-মগুন কয়াগা লোয়ননা চীং-লেম্না হিপ্তুনা লৈবগী মওংনি । ময়াই মপাদা শাবা মথোল অনীগী য়ূম অকোয়বদা মচু কয়াগী বিজলী থাউমৈনা লৈতেংলি । মফম অসিমক্তা লাইয়ামগী নিংথৌ লেঙশিল্লমগদবোই নীংঙি। ফজবা ময়ামসিনা নুংঙাইহল্লবসু মমশিল্লক্লবা মতম ফাওবা গাড়ী খামদুনা লৈরবদা অঙাংশিং নুংশা থীনরে।

ড্রাইবর অচৌবা ফি ময়োম অমা পুদুনা থোরক্লগা গাড়ী মথক্তা লংখৎলকখি । মহাক্না গাড়ী মমায় লৈদুনা থৌরকপদা অঙাংশিং হরাওনৈ। খুনয়া নকশিল্লকপগা মখোয়বু কূমথহন্দুনা ফিয়োম অহুম শিন্নরল্লগা গাড়ী হনখ্রে ।

মখোয় তরেৎনা শূগদবা ফি য়েন্নবদা কুন কুনগী চাং থুংনৈ । মাগী মাগী ফিয়োম পুদুনা মখোয় ময়ূমদা চঙনরক্লে । থোইবা মমা-মপানা চৈরক্কনি খল্লুবদা খর কিতক লাকখিবনি ।

অমম্বা থোঙান্দা মমানা লেপ্তুনা ঙাইরম্বা উবদা অকিবা খজিক্তং কোক্তুনা মাগী মরাল লৈতে, অরেম্বদা লম্ফে চৎলুদে হায়বা থোইবানা

খঙহন্নিংখি।

"ইমা, ঐ শেল তানফম থিরুবনি।"

" করি থিরুবা? অদুক ঙাওশিন্নরিবা, অয়ূক ঙন্তা চৎখিবদগী হৌজিক্তা হল্লকপা নঙনা। হায়নবা লুখ্রেদকো নঙসি।" শাওনিংবা, নুংশিবা অমসুং নোক্লিংবা পোল্লবা মমানা চৈ।

" চীংদা লৈবা সাহেবশিংগী মনাক্তা চৎলুবনি।"

" করি সাহেব ? লাল্লকসিদা হৌনরিব্রো ?"

" হয়েংদগী ঐ ফি শূগদৌরি, য়ূমদা। ফি অমা শূবদা মখায়নি। ঐনা পুরক্লিবসি ফি কুনমাথোইনি। সাবনসু মখোয়না পীরক্লে।

" কনানা হায়বদগী অদুক লাপ্পা চৎলুরিবা ?"

" মখোযনা থিরবনি। চৎথোক চৎশিনগী পাসসু পীরক্লে, ঐখোয় তরেৎকী অপূনবা ওইনা ঐনা পায়রি।"

মমানা পুশিল্লকপা মচাগী মশক উবদা শাজৌ চৈগে খল্লম্বা খর হল্লে। পোৎয়োম পুরকপগী মতৌদুনা খরসু হেন্না নোক্লিংহনখি। থোইবানা লৈমায়দা পোৎয়োম বুব থাদরকপদা শাজৌ খঙনিংনা য়েংলম্মী।

" অদুদি করিনো ?"

" অচ্চা ! সিদি ফি ঙাক্তা !" পোৎয়োম চিংথোক্লুবী তমুবীনা লাউবকখি।

" ফি শূবগী থবক তৌগনি হায়রি।" থাবল্লে নোক্লিংবনা মচীন খুম্মি।

মমানা চাক থোংবা লোইবগা ইমুংগী মী মরি চানবা ফমথনৈ। লাম্লবা থোইবানা অনীশুবা চখোম থাঙ্গৎলকপদা সাইরেন হৌনা খোংলক্লম্মী। লালটেন পায়বা মপাগী তুংদা মখোয় লানকোম তম্না হোৎচিন্নে। থোইবা পুখমগা লোয়ননা চঙলকখিবনি ; মচনগা লানকোম মনুংদা চামিন্নরে। সাইরেন তোয়না খোংবনা অহিংদু মমা-মপা অনীদি লৈতানা চাখিদ্রে।

নোংঙানবগা থোইবা ফি শূনবা তুরেল কূন্লম্মী, অদুবু মাগী মরুপ তরুক্কুনা হাল্লম্লে। নুমিৎ যুংবা মতুংদা মানা মাঙ চিংদুনা মখোয় তরৈৎ ফি থিল্লুই। সাহেব য়াম্না হরাওনা মখোয়দা লূপা তরা তরা পীরকই। জাম,

চিজ অমসুং কৌতা-ঙাসু পীরকখি ।

অহলশিং চঙহন্দবা মফমদা থোইবাগী কাঙবুনা থবক তৌরকপা থা অমা মপূং ফারে ।অচৌবা মতেং ওইবনা মমা-মপানা থোইবাগী থবক্তু থিংখিদে। মখোয় অনীনা নোংমদা লুপা অনী তানবদা থোইবানা তরা পুশিল্লক্লি । শাজৌ মীগী শেন্দোল ফনা য়াম্না শিংদোকচবা ঙম্লে । মরকসিদা অঙাং কয়া থোইবাদা ফি শূবা য়াওজগে হায়রৈ।

থোইবাগী মরুপশিং হৌজিক্তি চাও, লাও, চৎলু , ফম্মু, পুরকউ হায়বনচিংবা ইংরেজী ৱাহৈ কয়া খঙলকপগা লোয়ননা খূৎ-শা য়াওনা তোঙান তোঙানবা লোল য়ানশিন্দুনা গোরাশিংগা ৱারী শানবনা খ্বাইদগী নুংঙাইজবা ওইরে । নোংমদি অঙাং তরেৎ নুতিগী মতৌগুম ফি থিনবা চৎলুই। অঙকপদি চীংথক্তু ইহাঙ হাঙলম্লে , মী কনাসু উদে ইচীক চীক্লুম্মী । মখোয় ফনা কুইনা ফমদুনা ঙাইরম্মী । গোবা অমত্তসু উবা ফংদে । চৈ পায়বা পাঠান সিফাই অমনা মখোয়বু তাল্লবদা থোইবা হৌগৎলি ।

“ সাহেব বোলা হম ধোবী করো, পাস দেখো । সাহেব নহীং হম বৈঠা হৈ ।”

“ ৱে লোগ চলে গযে, তুম জাও ।” সিফাইনা হায় ।

“ হম পৈসা মাঁগতা, সাথমেং কপড়া হৈ ।”

“ ৱে ফির আয়েংগে নহীং , অপনে কপড়ে লে জাও ।”

সাহেবশিং অমুক হল্লক্লুরোই তাবদা থোইবা মমিৎতা ঈবা চেল্লি । মখোয় তরেৎ মাগী মাগী ফিয়োমগা লোয়ননা মযুমদা হল্লক্লুম্মী ।

থোইবা নুমিদাংৱাইদা য়াম্না হৈনিংদনা মমা-মপা হল্লকপা ঙাইদুনা থোঙ্গান্দা লেপ্লম্মী । সাইরেন খোঙলকপদা কন্না কৌরম্মী তমুবী লানকোমদা চেনশিনখ্রে, থোইবাদি লেঙদনা অদুম লেপ্লি। মালেম নিকপা তোপকী মখোন্দা মখোয় য়ুমগী শাইদগী ই চবুন চবুন নাস্থদুনা তাবা উই । মায়কৈ কয়াদগীনি কাপখৎনবকপা তোপশিং, এরোপ্লেনদি পাইরকপা উদে । তোপ কাপ্পা লেপখ্রে, কোমথোকপগী সাইরেন অমুক খোংলক্লম্মী। অঙাং থোইবা লালবু শীংননিংবা অমা য়াওরি, পেঞ্জদবনি।

থোইবাখোয় য়ুম্লোমদা হেমা চৈ মচা অমা পায়দুনা লাক্লম্মী।

থোইবানা মহাকপু তত্তনা উরবসু ব্রা ঙাঙনদবদি কুইরে ; মদুগী মরম মানা কা হেন্না থবক চিনখিবদগীনি। হেমানা মরক মরক্তা মখোয় ইমুংগী ঈশিং শোকপীরৈ হায়বা তমুবীনা তম্বদগী মা খঙখ্রবনি, ঙসিসু মদুগীদমক লাকপা ওইরমগনি খল্লম্মী। ইথা থাজদনা মা লৈরম্বা উবদা হেমা লাপ্তক লেপখি,মখোঙ নিংশিংলকপা অমনা ফাখিবনি। মখোয় অনীনা পিক্লিভৈদা,য়াওশঙ মতমদা মমা মমানা ইনশিন্নদুনা অবের তৈনহল্লি। থোইবানা নুপা ওইবগী মথক্তা খরগা হনবগা হেমা মায়থীখি। মকোক মরু, মমায-মমিৎ অবেরনা পূমঙাং ঙাংনা কপখি। মদুদা থাবল্লে অমসুং ললিতা কন্না কন্না নোকচখিবনি। হেমা হায়ফেৎ নোক্লগা থোইবারোমদা চঙশিল্লকই।

"ঙসিদি কৈদৌরগে, থবক লৈতব্রো?"

"গোরা সাহেবশিংদো অমত্তসু লৈরমদবদগী হল্লক্লবনি।"

"কদোমদনো চৎখ্রিবা?"

"খঙদে, হল্লক্লরোই হায়।"

"অদুদি থবক তোক্লে?"

"তোকপা তাবেদনা।"

"অদু ওইরবসু নঙদি যূমদা খক লৈরোইয়ে।"

"হয়েংদগী ইমাখোয় মতুং ইনসিরা খল্লিবনি।"

"য়াওশঙ য়াওদনা ? হয়েং য়াওশঙ হৌবনি কাউরব্রা?"

"লাইর-মচা ঐখোযনা য়াওশঙদা কৈদৌরুনি।"

"য়াওশঙদা লাইর-ইনাকখুনবা খায়ব্রনে?"

"খেন্নহল্লি; ফিজেত্তা, শেন্দা।"

"শেলগী ব্রাদা ঙাঙভি,শেলসি পামখ্রবোই।"

"শেল লৈত্রবদি চবা হেল্লিদনা। নখোয়গীদি ফৌনা কৈ থন্না লৈ ; মামনসু শেল মপুন মপুন পুশিল্লকই। ঐখোয় বাজীদি লাইরিক হৈহৌদবনা নোংমদা হাজিরা লৃপা অমত্তনি, নখোয়গা য়াম্না খেন্নেয়ে।"

"অদু ওইরবসু নঙনা সিফাই মরক্তা কোইচৎ চৎপদু পামজদে, য়াম্না য়াম্না লাপ্পসু চৎলি হায়বা তায় ; কিবা খঙদ্রবনিনে?"

"কৈদৌনা কিদৌরিবা?"

" চাউরে অসিরো?"

" ইঃ চাউবদি নঙনা ঐঙোন্দগী হেল্লগা ।"

হেমা মখা তারকখিদ্রে । হায়ফেৎ য়েংলম্লগা ' তমুবী ' 'তমুবী' কৌদুনা চেনশিনখি ।

হেমানা ইহান হান্না স্কুল কাবা নুমিৎতা থোইবানা মখূৎ শমদুনা পুখিবনি ; মদু নিংশিংদুনা মা চপ লেপহৌরি । লান্না চৈখাইবনা মা স্কুল কাবা লেপ্লে, অদুবু হেমাদি যূম্লক ওজাদা নুতিগী চৎলি হায়বা তায় । মমা-মপাদা মদুগীদমক থৌরাঙ তৌবীয়ু হায়জবা ঙমদ্রবা অঙাং থোইবা লালগী মরমদা অমুক খল্লকখি ।

লমদমসিদা সিফাই তেঙ্গোল কয়ানি মথং মথং থুংলখিবা । চীংখোঙ চীংয়া শিন্থুংনা লম্বী শেমখ্রে । মশক উরমদবা লালগী খূজু-খূৎলাই, গাড়ী, ইঞ্জিন, তেঙ্ক, এরোপ্লেন্নচিংবা মখল মখলনি পুবকখিবা। অৱা লৈবাক য়ৌনা হৱাগাড়ী চেনখ্রে । অহানবদা অঙাংশিংনা কিনরম্বা নোংথক্তা ঙংবা এরোপ্লেনগী খোঞ্জেল তুংদদি হৈননা থোক্লে । চহী অনী-অহুমদা শেমখিবা লম্বী-থোংনা মণিপুর খংপিক পিকশিনখ্রে । হিংনবা হোৎনখিবদা ধর্ম-কর্মগী ৱাফম তুংওইনরে । অমাং-অশেং, তোৎন-তিন্নবগী অথিংবা পুম্নমক কোমথোকখ্রে । অকনবা বৃটিশকী পল নমখায়দুনা লানশিল্লকপা জপান সিফাইশিংগা শোক্লবা তুজুংলবা লানফম কয়া মীয়াম্না উরে । নিল-খোংবা, চরাংনবা , লৈতাদবা অকি-অখং অমদি অৱা-অনাগী মচু শঙলবা চহী মরি থোইবাগী মশাদা তিনশিনখ্রে হায়বা অসুম নিংশিংলকখি। সংসারগী অনৌবা য়াওলগী মশেক মঙাল খর য়ৌরকপদা থোইবাগী লেংগাদা হান্না থেংলবগুম থোকখি।

ৱাবনা থরেন শিরবা মমা-মপাগী মতেং পাংনবা মা সিফাই মরক্তা চেল্লিবনি হায়বা হেমানা খঙবীদবদা মা লৈফম খঙদনা নুংঙাইজদে। হাজির শূরুবদা মাগুম্বা অঙাংগীদি মখায়তনি ফংগদবসি, সিফাইগী থবক্তদি লুপা অনীদগী তাদনা ফংঙি, মদুগীদমক চেনবনি ঙাওশিন্নবা নত্তে হায়বা খঙহন্নিংবনা থোইবা হেমা থোরকপা ঙাইরম্মী।

" হেমা," য়েংদনা চৎলিবীদুদা কৌরুবদা চপ লেপ্তুনা লৈশিল্লকপগা থোইবানা হায়, " ঐসু নঙগুম যূমদা নুংঙাইনা লৈনিংঙি । যূম্লক্তা লাইরিক

তম্বা চৎনিংবনি । তমুবী মথন্তা যূমদা হুন্দোক্লম্বসু নুংঙাইজদে । অদুবু য়েংঙু, ঐখোয় ইমা ইপাসি ৱামনখ্রে,মখোয়গী মতেং পাংনবা শেল তানবা তাবনি ।”

“ তাল্লু তাল্লু, শেলগী খল্লিঙৈদা য়াওশঙ ফাওবা থৌশাবীদ্রে, নঙনা কাউদবা কনা লৈরি ?”

থোইবা খূম্বা নংদ্রিঙৈদা হেমা ময়ূম্লোমদা থুনা চৎখি। লাপ্না মমা-মপা লাকপা য়েংলম্বী তমুবী চেন্থোরক্তুনা মবুংগী নাক্তা লেপ্লে। থাবল্লে মচা অনী উবদা অৱাবা মাঙখ্রবগুম চঙশিল্লকই।

“ হোয়নে, অসুম্না চৎথোক্তনা নচলগা লৈরম্বসি কয়াদা ফরবা ।”

“ থোইবা, হল্লকপা কয়া কুইরে? ” মপা থোইবানা চৎথোক্লমদবগী মরোল খঙনিংলম্মী ।

“ চীংগী সাহেবশিং চৎখিরল্লে, অমুক হল্লক্লরোই হায়বদগী ঐখোয়গী ফি পুরগা লাক্লে। ফি শূবগী থবক তোকপা তারে।” থোইবা মমা-মপাগীদমক মতেং মাঙখ্রে খন্না নুংঙাইজদে।

“ হোয়দা ইচাসিদি, নুংশা মরকসিদা নঙ ৱামল্লে।” থাবল্লে মচীন্দা থেমজিল্লবসু ইমুংগী হোরিবা ময়ামদি খনখিদবা নত্তে।

মমদ্রিঙৈদা মচাশিংবু চাক পীজহৌনবা থাবল্লে চাখুমগী থবক কন্না হোৎনরম্মী। অঙাং অনী মমাগী চাকথোংফমদা ফল্লে, ৱারী শানবগী তাংনা ফংবা তাঞ্জানি।

“ ইমা, ঐখোয়গী য়ূমদা হঞ্জিনবা শুকয়ামক য়াররোইদ্রা ?” কুইরবগী তুংদা থোইবা ময়ূম নিংশিংলকই।

“ লাল লোইদ্রি ফাওবদি থাজদ্রে।”

“ মীগীদা কুইমন্না য়ূমদাংবসি ইকাইরে।”

“ কনানা করি হায়রবগে?”

“ কৈসুবুদি হায়দবা, ইপুখোয়সি ফখ্রবা। অদুদা মীগী মাঙদা ইকাইজরিবা।”

“ কৈদৌরুনি ইবুংঙো, ঐখোয় খক্তা নত্তে, মণিপুরগী খুঙ্গং কয়া লাঞ্জেন্নরিবনি। চীংনুংদা হোংলুবা পল্লেল খুল অপূম্বা ঙসি ইম্ফালদা সিফাই গাড়ীনা পুখৎখ্রে হায়নৈ।”

" নঙগী নপামগী খুলদি য়াম্না ঈংনা লৈনৈ হায়নবনি।"

" উরুদ্রবনিনা খঙদ্রে। নঙোন্দদি কনানা তম্নক্লিবা ?"

" মখোয় খুলগী মী ময়াম ময়াম থবক শূবা লাক্লরিবসিদি, ইমাগা খক উনদব্রা?

" থেংনৈ, অদুবু ঙাঙনদে।"

" ইমা মখোয়দুবু য়াম্না ফত্তব্রা?" তমুবী য়াওশিল্লকই।

" মখোয়না শাথীরিব্রা ; ঐখোয়না ফৎত্রিব্রা, খঙদ্রে ইবেম্মা।"

থোইবা মমাগী মপামদা লৈরুসি হায়নিংবা মতম কুইরবনি, অদুবু ব্রাফমদু পনবা ঙমদনা লৈরকখি, মরমদি নোংমা অহিং অমা মমা-মপা অনী লানকোম মনুংদা মসিগী মতাংদা খৎনখি। শাজৌনা ব্রাবগাইদা লৈরুবগী ব্রা হৌদোক্লুবদা থাবল্লে মৈ হৌরকখিবনি, মখোয়গী অখূবা মিৎয়েংদু তুক্কচরি।

" মামহল অমা লৈ হায়বদু মশক য়াম্না খঙনিংঙি। খুল্লক্তা লৈনরিবা ময়ামসিগী মরক্তা য়াওরিব্রা? " থোইবা থৈরপ হংবনি।

" মখোয়না ঐখোয়বুদি উনিংদ্রগা ঐখোয়না করিগী খঙনিংলুদগে, ইচাসিদি।"থাবল্লে মপুক্লিং নুংশিনা হায়।

ঙসিগী চরা থিবদা হয়েংগী খর খল্লবসু হংচিৎকীদি লান্থরুদ্রবা, পান্দম অমত্তা য়াৎপা ঙমদ্রবা পুন্সি মরেন্দা মরী-মতাশিংবুসু কাউনবনা য়ামশিল্লক্লবনি।শাজৌ মচাগী ব্রাহংদা পাউখুম পীদুনা ব্রারীদা য়াওশিন্নিংখিদে। থাউমৈ চুখৎত্রিঙৈদা চাক চাথোকহৌবনা ফগনি হায়বসিদা মহাকসু চাকখুমদা ফল্লি।

চাক চাবা লোইশিনবগা ইমুংগী মী মরি থাউমৈ পুদুনা লানকোম মনুংদা চঙলক্লে। ব্রাচেৎনা ফোপ হাদুনা শেম্বা হিপফমদা তিংথোক্লুবগী পোশ্বাবা খর ফংলবসু চোকথরবা শাজৌ তূমশিনবদি খক য়াদে, খংপ্রেক খংপ্রেক মাবু থুকৎনা ব্রাহল্লি ; নুংথিলগী থৌদোক কাউথোকপা ঙমদ্রে। থাবল্লেসু মহাক্কী মতৌদু খঙবদগী তূম্নিংবা মাঙখ্রে।

" ঙসিগীদু করম তৌরুবা জাৎনো ? ঐখোয়গা পূন্না অদুম শূদুনা লৈরম্লবসু ফগদবা।"

" থাবল্লে, ঐবু ঈশ্বরনা কনবীখ্রে, ঐগী চেঙ লৈরম্লি,শম্মাদা

লিৎহৌবনি।"

" করম্না থোকখিবনো।"

" ই-পোৎ অমগী মমল লুপা অমনি, সিফাইশিংদা য়োল্লুবদা। ঐনা কন্না ফাল্লবদি ই-পোৎ মঙা-তরুক্তি নোংমদা য়োনবা ঙমগনি পারুবনি। হাজিরা লুপা অমদগী মঙানদি কান্নেদো, মদুদা মিহৌরুবা"

" মখোয়গী থবক শূবীরগা করম্না ফারুরিবা? ময়াম্নদি করি হায়নৈ – 'শাজৌনা গোরা হাৎলুবগী সিফাইশিংনা ফাদুনা পুখ্রে। ঐ পাখৎতুনা চেল্লকপনি। নহাল ষন কাপ্পা গোরা অমবু নেপালী অমনা তান্নদুনা খুগ্রীনা য়াল্লুবগীদমক মীয়াম মাঙদা মমিৎ কোৎথোক্লগা তৌখিবা দণ্ডিদু খংনিং নিংশিংলকখি। অমবু ওইরো অমবু ওইরো ইশ্বরনা কনবীরক্লে, তুংদদি চেকশিন্দবা য়াদে।"

" ফারুবগী মরম লৈ ;চিংনখিবা। ওন্থোকপা হায়বদুনি, ঐসি পোকখায়বদুদা য়াওরমগদবনিদা। শজিক চারম্বা ইরোই অমনা ঐগী উশিল ওইখিবনি। ইরোইদু খুদক্তা অদুম শিরে।"

" করিনো পোকখায়রিবা?"

" হেরা, ঐ চীংয়া লম্বী অমগী মথক্তা ই ফানবনি। ই য়াম্না ফবা, লেপ থূম্না ব্রাংবা মফম অমদা লমওক মহুমগুম্বা অমা থেংনৈ। মফমদুদা কলম মুক্তাবীদগী খর হেন্না চাউবা ইরং লংবা পোৎ অমা তাদুনা লৈরম্বনি। মদু লৌখৎলগা ঐনা মুন্না য়েংলিঙৈদা শগোল তোংবা সাহেব অমা লাক্লম্মী। অরংবা পোৎতু য়েংলগা মহাক খরগা নকশিল্লকখি।

'ক্যা হৈ, ব্রাটস দেৎ?

'মালুম নহীং।' ঐনা খুমখি'

'ফেংকো ফেংকো।'

অসিমক্লি মখূৎ খৎতুনা মহাক্লা লাউরকপদু। সাহেবতুনা ওকখিবা ঙম্নবা ইরোইগী মথক লান্না ঐনা খর ব্রাংলপ অরংবা পোৎতু হুনখিরম্মী। শগোল খংবদগী খুমাঙ অনী ব্রাংনা থাঙ্গৎলগা চোংবদা সাহেব অঙম্বা চীংখাদা ওন্থখি। ঐ লেপ্পুনা য়েংলম্মী। অহৌবা খোঞ্জেলগা লোয়ননা পোকখায়রকপদা ইরোই উরু উরু লৈরম্লগা তুই। শগোলসু থীনা শোক্লগা চেনখ্রে। ঐ তশেংনা জ্ঞান মাঙখি। মীকুপ খরগী মনুংদা হিন্দুস্তানী সিপাই

মায়াম্না মফমদুদা পৈররে। ঐবু ফারে। চীংখাদা ওন্থবদা শোক্লবা গোরানা ঐগী ইরান লৈতে কন্না হায়খিবনি, অদুবু সিফাইশিংনা ঐগী মিৎ অমুবা ফিনা চেৎনা খুল্লগা গাড়ী অমদা ইনখৎলম্মী। মরক মরক থাম্বা নত্তনা মতম কুইনা গাড়ীদুনা ঐবু পুদুনা চৎলে। মমৈথংদা ঐবু গাড়ীদগী কৃমথহল্লগা মিৎখুম ফিসু লৌথোকখি। ঐ তুরেল অমগী তোর্বান্দা লেপ্লম্মী। করি তুরেলনো, মফম কদাইদনো ঐ খঙবা ঙমদে। ঐনা ঙকখিবদি থাপ্লবা তুরেন্দুদগী তা-তোমাল কাখৎলকপদুনি। মহাক লৈরম্বা উবদা ঐ হিংলগনি খল্লি।

‘ তা-তোমাল, অসুক লাপ্পা মফমসিদা করম্না?’

‘ ঈরুজরুবনি করিনো?’ তা-তোমাল মমিৎ-মনা ইথক থকই, ‘ নঙদি ময়ামসিগা.....?’

ঐনা খুমদ্রিঙৈদা তমুবীনা তুংদগী কন্না কৌরকপনি, —‘ বাজী !’

তমুবী উবদা ঐ মঙনি খনখ্রে ; অদুক থাপ্পা মফমদুদা মানা মতৌ করম্না লৈরল্লিবা। ঐ তা-তোমালদা ওনশিন্দুনা ব্রা খর হংগে হোৎনরিঙৈদা সিফাইশিংদুনা ঐবু গাড়ীদা অমুক ইনখৎলম্মী। পূং অনীরোম চঙনা চৎখিবা লম্বীদু মিনিত তরাগী মনুংদা হল্লক্লুনা ঐবু ই ফানফমদা থাদোক্লম্লে। ঐ মফমদুদা ইঙাও ঙাওনা ঙাইহাক ফম্লম্মী, মিৎখুম হাংদোক্লুফমদু ঐখোয় হিদেন্দনি খঙলকপদা তা-তোমালবু ইকাইরক্লে।”

তূমখ্রবোই নিংলুবা তমুবী থিক থিক নোক্লকপদা থোইবাসু য়াওরকই।

“ নয়ূমগী থোঙ্গাল ফাওবা খঙদ্রবনিনে?” থাবল্লে খোঞ্জেল থোক্লা নোক্লম্মী।

“ শুকখঙবু খঙখিদ্রেদা।”

“ হয়েংমখৈদি নাইতোমকা শূবীরুরনু , খর খর ফংবসিদা পেস্থোক্লো তমখ্রবনি।”

অথেঙবা অহিংদুদা খা মায়কৈরোমদা লাউ-খোংনবগী খোঞ্জেল তাদুনা শাজৌ মপান থোকখি। ঙাইহাক লৈরুরগা মহাক মনুংদা চঙলকই।

“ মীয়াম লেকফমদনি।” শাজৌ পাউ তম্লে, “ নেগ্রোশিং চৎখিবদগী

পূন্না পূন্না লেকপা তোক্লখ্রবসু মফম খবদা মীয়াম তিনবগী হৈনবী লৈখ্রে ; মরু ওইনা জুৱার শান্নবা কাঙবু কাঙবু। ঠিকাদার ময়াম ময়াম জুৱার শান্নে, শেলসু কোকথোং কোকথোং থানৈ হায়বা তায়। মখোয়নি লাউনবিবসি।"

" হুমাং তাদনা তাল্লবা শেলনিনা হুন্দোকপদসু পাম্মুরল্লোই "

অঙাং অনী তূমন॰॰. মমা-মপা মিৎ-ইশিং শিংদুনা লৈরে ।

" থাবল্লে, নঙ নুংশা মরক্তা থবক শূবা চৎপসি মতম খর লেপখিসি, অমুক নারক্কুনা তোক্লরনি।" শাজৌ শেংনা পোথাহন্নিংঙি।

" ৱায হায়দুনা কিবা য়ারিব্রা? হৌজিকপু মসিগী চবা মতানসিদা অঙাং অনীসি কবি ওইগদৌরি । যূমজাও ময়ূমগী শেন্দোইনা শেল্লেপ লানখ্রে । ফৌপোৎ নিফুনা কদাইদগী । অঙাংশিংগী মনিং থুংদবগী ৱাকৎ লাক্লগনি ।"

" খাঙবা তারে, উপায়দি লৈবিব্রদো লাল্লকসিদা। লালসিতং লোইখ্রবদি কবো-অৱাদা শেন্দানবা চৎপসু য়াবনি। হৌজিক মনীং-মমাঙ পূমথিং থিংখ্রে ।"

মীকপ থোরকপগা মপা চান্নরুবনা থোইবা মমা-মপানা ঙাঙনবা তায়। অদুবু মাগী ৱাখল নাকল অমদা চৎখি ; লালনা থোকহনবা মহাক্কী তোঙানবা চৈনা লৈ । মহাক্কী মরুপ ওইরম্বা কোমা মফম খঙখিদ্রে । মমাগী থৱায় কনবীরম্বা কর্নেল ডাক্তর উখিদ্রে। ফি শূবগী থবক পীরম্বা সাহেব হল্লকখিদ্রবনি। মহাকপু নুংশিনা লোয়নরম্বা পাইলোত থোমাসনা এরোপ্লেন কাখৎলমদাইদা মঙোন্দা মখূৎ হাইবম্বনি,শকফমদু নিংশিংবতা মঙায়রে । লাল লোইরগা থোমাসনা মহাকপু অমেরিকাদা পুদুনা লাইরিক তমহনগনি তোয়না হায়রম্বনি, তম্নিংবগী খৌরাংবা লৈবা থোইবা মঙলান অমা শাগৎচরুই । মালেমগী লাপ্পবা মফমশিংদগী লাক্লম্বা মরুপশিংদু পুন্সিদা অমুক উনবা ফংলরোই খল্লুরগা মপি তাখিবা খঙহৌদে। লালগী মিংদা হাৎনবগী লোনচৎসিনা মাগী থম্মোয়বু খোয়শাওনহল্লে।

# ৮

থোইবানা লুচিংবা অঙাং তরুক্কী কাঙবু অমা সড়ক অচৌবদা চুমদ্রিং হাইগৎলকখি। ক্বাজ তৌরিবা সিফাইশিংগী বুট মখোলনা গ্রুক গ্রুক পূম্লিল নিল্লবা লম্বী উফুলনসু ইমম মল্লে। শজিবু কালেন তাইনবগী অয়াকপা নুংশা খাঙদুনা লাকপা কুইরবদা মখোয় উরুম য়েংবা হৌরকই । গোরাশিংগী কেম্প-মপা খুদিংমক্তা মখোয় মঙক থাঙ্গৎ থাঙ্গৎতুনা য়েংলল্লে,থবক শূরো হায়না কৌশিল্লক্লবনি। সাহেবশিংগী ফি শূবসি অঙাং খুদিংমক্লা পাম্লে, মরমদি মসি খ্বাইদগী শেল য়াম্না ফংবা থবক ওইবগী মথক্তা অহাও-অথুমসু মরাং-কায়না চাবা ফংঙি । মখোয়বু কনামত্তনা কৌশিনবীরক্লবদা অচৌবা লৌরীদা হৌবা হৈত্রোই পাম্বীগী উরুমদা ফমদুনা মখোয় হৌখ্রবা নুংঙাইবা খোঙফম কয়াগী পাউ তম্লে, মথং চৎকদবা মায়কৈ খন্নে। অহৌবা খোঞ্জেলগা লোয়ননা এরোড্রোমদগী পাইখৎলকপা অচৌবা প্লেন অমদা মখোয় য়েংলম্মী ।

"বোম্বরনি, বোম থাদবা চৎকদৌরি।" অঙাং অমগী হিসাবনি।

অতিয়াদা লৈদুনা লৈরম্বা প্লেন্দা মখোয় পুম্নমক য়েংনৈ। মথং মথং মরি অমসু পাইখৎলকপদা অঙাং অমনা অমুক লাউরকই, "শাতুম্বীনি, মখোয়সিনা বোম্বরবু ঙাক শেন্দুনা পুগনি।"

প্লেনগী থবকসি মখোয় খুদিংমক চীনফা পুরল্লে। চুম্মি,শাতুম্বী মরিনা নাক-য়েৎ, তুং-মাঙ চপ্তুনা প্লেন মঙা নোংপোক পাংনা পাইখি। ঙাইহাক লৈরগা ফিভম অদুদা প্লেন মঙা অমসু ইন্নখ্রে।

অঙাং তরুক চৎফম লেপ্পবা ঙমদ্রি। লৈবূংদা হৌবা হৈজাম্পেৎ চারুসি হায়না অমনা হৌদোরকপদগী মখোয় মরী মরী লাক্লম্মী । মরাং কায়না মুল্লবা হৈজাম্পেৎতা পুক্লিং লুপ্লিঙৈদা মফম অনীদগী খোংলকপা সাইরেন মখোল তারগা মখোয় অকুৎপদা চেন্থদুনা উপ্লরম্মী । মায়কৈ কয়াদগী কাপ্পবকপা তোপ্পা লৈমায় থক থক নিকহল্লে। মখা মায়কৈদগী পাইরকপা মনীং অনী লোঙবী প্লেন মাপন্না মালেম পূম্বা মচেৎ মচেৎ থুগাইরগদবগুম য়াক্লবা খোঞ্জেল লোয়নরকখি। অঙাংশিংগী মথক্তদি প্লেন অহুমখক্তা উরে, মরোল মরোল লোনখৎতুনা পাইবনি । ইরং ইবং লংবা তোপ মরূশিং এরোপ্লেন ময়া নক্লা পোকখায, অদুবু মখোয ফিভম কাযদনা অতিয়াদা লৈদুনা লৈরি। খঙহৌদে, শাতুম্বী তবানিথোই মথং মথং পাইখৎলকখিবা। অতিয়া শিন্নুংনা এরোপ্লেনগী এরোপ্লেন ঙাক্তো উখি। মখোয় কুনমাথোইমক মীকুপ অমগী মনুংদা অৱাংলোমদা পাইখিদুনা মশক উখিদ্রে ।

নুংশা শবী হোন্নরুরবা অঙাংশিং কোমথোকপগী সাইরেন খোংলকপগা লৈবূং মথক্তা লেপ্তুনা চৎকদবা মায়কৈ খন্নবম্মী । অৱাংলোমদগী থৌরকপা গাড়ী অমা মখোয়গী মপামক্তা লাপ্তক্লা খায়ে, মদুগী মনুংদগী কৃমথরকপা মী মরিনা য়োৎকী পোলাং খর থাংথরম্মী। পোলাংশিং অদুগী মখুম হাংদোকপগা অচৌবা মশা তেনবা উচেক কুন্থ্রামুক চেন্থোরকপা উই ; লঙজা ঙাক্তনি । গাড়ী চৎখ্রে । য়েংবদা নুংঙাইবা অমদি লঙজাশিংদু খর কৃৎপা মফম অমা তম্না পরেং শানা চেনবদুনি । উচেক উবদা তান্নিংবা, ফানিংবা হায়বসি অঙাংশিংগী হৌনশা ওইবনা মখোয তরুকমক উচেকশিংনা চেনখ্রিবা মফমদু য়ৌনবা হোৎচিন্নরম্মী। অদুবু পূনশিন্দুনা লৈরিবা উচেকশিংগী মনাক নকশিন্নরুবদি ঙমদ্রে, নমথীবনা স্বর থিংনৈ। লঙজাশিংনা পুল্লবা শাশিংগী শদুম ফক ফক্তুনা চারি। হঙ্গোয়বা খাঙলগা নকশিল্লুবা অঙাং অমা খোঙকাপ খর খংহন হল্লকখি, কন্নসু লাউরকই, " মচীন্দা য়োৎ তোপ্লি ।"

মাঙ থংবা অঙাংনা হায়খিবা মরোল অতোপ্পশিংদুনা খঙলমদে, হৌজিক্তি উরে, লঙজাশিংগী মচীন্দা অরংবা য়োৎ তোপ্লল্লে । মদু উবদা মখোয় অকিবা ফাওই, অমুক হন্দুনা চেল্লক্লম্মী ।

অতৎ-অখম লৈতনা সিফাই গাড়ীশিং চৎলিবা সড়ক অচৌবদা মখা পাংনা অঙাং তরুক হুমাং তপ তপ তানা লাক্লে, অমনা হৈ-রা হুন্দোকফমদা চিংলকখি। কমলা, কিহোম, য়েরুম, থৈবোং কৌতা-ঙানচিংবা মখল মখাগী অচা অথক খুল্লুসি লেপ্পদুনা চৎলিবনি । চরাংমানবী প্লেন অনী মখোয়গী মথক্তা তাশিল্লগদবগুম লৈনা লৈনা পাইরবদা মখোয় মিপাইনা পূল্লপ তাশিল্লম্মী । প্লেন অনী লাপথোকখিবগা মখোয় অমুক চৎপা হৌরে।

" য়েরুম গাড়ী মপোৎ অমগী মবক্তা অপুন্বা অমত্তং য়াওরম্বদা মখোয়দি লোইনা হেক্তা হৈদোকই ।" মাঙ থাবা অঙাংনা হায় ।

মথংগী অঙাংনা হেন্না খঙবা উৎলকই, " কৌতা-ঙা মপৈ মপৈনি নহাল হৈদোকহৌবা।"

" ঐ নহাল কমলা পোলাং অমা পুরকই, ফত্তবা অমত্তা য়াওরমদে।" অতোপ্পা অমনসু হৈনিংহল্লি।

অমুক্তা উরুদ্রিবা অঙাং অমদি থাজবা ঙমদে, " করিগীনো মখোয়না হুন্দোক্লিবসি ?"

" চানিংদবগী ।"

" নত্তেদা, মীবু খুলহন্নবনি।" খ্বাইদগী পিকপা অঙাং অখঙবা শাই।

থৈবোং, কিহোম অমদি কমলাগী মনম ফাওরকপদা মখোয় তিন য়োৎনৈ, খোঙকাপ য়াঙখৎনৈ । অদুবু কন্না লাউরকপা খোঞ্জেল অমা তাবদা মখোয় চপ লেপ্লে । খোঞ্জেলগী লাকফম য়েংখিবদা চীংদুম অমগী মথক্তা তুর্বিন থাল্লিবা নুপা অমনা কৌরকপা ওইরল্লে । নুপাদু গোরানি, মখোয়বু থুনা লাক্লুবা মথূৎ খৎতুনা কৌরি । অঙাংশিং কিবগুম হরাওবগুম নুপাদুগী লেপফম তম্না চেনখৎলম্মী । চীংদোন য়ৌবগা তম্বুব মনুংদগী থোরকপা অতোপ্পা নুপা অমনা লশিং পীদুনা মখোয়গী য়েৎ-ওই নাকোং অনীমক চেৎনা মেলহল্লম্মী । মরম খঙদনা তোপ কাপফম নক্লা মখোয় তরুকমক লৈমায়দা পরেং উপহল্লে । খঙহৌদনা কাপ্পকপা তোপকী মখোলনা মখোয়গী থৱায় পুখ্রবগুম তৌই । হৌগৎকে তৌবগা অমসু হেক্তা কাপ্পকখি । অঙাং অনীদি হৌনা হৌনা কপ্পম্মী । মঙারক কাপ্পবা তুংদা মখোয়বু হৌগৎহল্লে । অঙাং অনী থক থক নিক্লা কপ্লি,মফিসু চোৎনরে, অদুবু গোরা অনীদুদি অতিয়াদা চাইখাইখিবা লৈচিল য়েংলম্মী।

অহলশিংনা হায়নবা তাবদগী মখোয়না তৌরিবদু নোং থৈবনি খঙলে । কৌরকখিবা নুপাদুনা বিস্কুট পেকেৎ অমমম অঙাং খুদিংমক্তা পীরগা কন্নাক্তা চৈনা শেৎ শেৎ মথং মথং কল্লি, মখোঙ থীন্দুনা তাল্লকই, " গ হোম গ । য়ু ফোকিন ।"

অঙাং তরুক মখোয়না লাকখিবা লম্বীদা অমুক হন্দুনা চেল্লক্লে। কনামত্তনা বিস্কুট শেগাইদুনা চানিংখিদে, সাহেব অনী লেপহৌবা চীংথক্তুদা হন্নসু য়েংলুদে ।

অসুম অৱাং পাংনা লাকপদা মখোয়বু হেনগৎতুনা চৎখিবা গাড়ী অমদগী অচৌবা যূম্বী অমা তাহৌখি । গাড়ী মতুংনা হঞ্জিল্লক্তুনা খাল্লে । মঙক লিৎথোক্তুনা মখোয়বু কৌরকপা ড্রাইবরদু গোরানি, যূম্বী থাঙ্গৎলকউ হায়রম্মী ।

" বক্সিস ?" থোইবাগা থংনবা অঙাংনা হংখি ।

" য়েস, য়েস, ক্বিক ।" ড্রাইবর লাউরকই ।

হৈ-পা শাবা অঙাংদুনা হায়," লূম্বা মালহনসি শেল য়াম্না পীরম্নবা ।"

মখোয়না উগী মচীন অমা গাড়ী মথক্তা থাঙ্গৎলগা হৈ-পা শাবদুগী লৌশিং ইনবদা হোই হোই হোই কুইনা লাউদুনা লৈরে। গাড়ীদগী কূমথরক্তুনা মখোয়গী তুংদা লেপ্লগা য়েংলিবা ড্রাইবরনা তাৎতু ফাদোকখ্রে। থম্না মকোক মানবা চৈ করম্না য়েপ্লম্বনো, মখোয় তরুক্কী খুবোমদা শেৎ শেৎ কল্লকখি ।

'হোই' হায়বা খোল্লাও অমত্তদা যূম্বীদু তেরাগুম য়াংনা ইনখৎলম্লগা অঙাংশিংদু লৌবুক্তা চোং চোংদুনা চৈন্নে । খরা চেল্লগা চৈফম্দা নান নান্দুনা লেপ্লিবা অঙাংশিংবু য়েংলগা ড্রাইবর নোক্লম্মী । লুপা তরাগী নোট অমা সড়ক ময়াইমক্তা থাদরম্লগা গাড়ী থৌখ্রে। লুপা তরানা চৈনা খর ফহল্লবদা অঙাংশিং শেল য়েন্নবদা পুক্লিং চঙঙি । থোইবাগী অঙ্ক চুম্মি-লাল্লিদা য়েৎন য়েৎন মখোয় যূম পাংলক্লে ।

অঙাংশিংনা লাকখিবা লম্বীদা মজদুর ময়াম পরেং পরেং লেংবান্দা গয়ন্তী, য়োৎপাক, বেরচান পুরগা ঈশৈ শক্তুনা হন্নরক্লি। মখোয়গী ঈশৈ তোয়না তাবদগী ৱাহৈগী অচুম-অরান খঙদনা অয়াম্বা অঙাংশিংনা

ফানখ্রবনি ; মখোয়সু শকপা য়াওরম্মী ।

আ রিকা রিকারে
রাজা মন তুররে
হোইলে শাম ।
অম্বারিকা রিকারে
রাজা মন তুররে
হোইলে শাম ।

মজদুর ময়াম লাপথোকখ্রবা তুংদা গোরা অমনা মাঙ চিংদুনা নেগ্রো সিফাই চামরোম লাকই । মখোয়দু নৌনা থুংলবা কাঙবু মাল্লি ; হান্নগী কাঙলুপশিংদগী শকফম তোপ্পা উই । মখোয়গী নাগী অহোবা খূৎ থিংজিনবা য়ানা লাওই। খরগীদি তল মানবা মনাদু মথক্তা য়েপখৎলি । মখোয়দু য়েংবদা অঙাংশিংদদি কুমহৈগুম থোক্লে । ময়ামগী তুং ইথং থংনা চৎপা নুপা অমনা নোংচুপগী অতিয়াদা য়েংলগা ইখঙ খঙহৌদনা কন্না লাউরকপদা কাঙবুদুগী মী পূম্নমক চপ লেপ্তুনা নুপাদুনা খুদোম্বী থিনবা মায়কৈদা য়েংনখি । মখোয় মখূৎতগী নোংমৈ থাদরম্লগা লৌবুক্তা চেন্থখ্রে, হরাওনা চোং-ফন্দুনা চরূখোক অমসুং লৌরীগী নাপী ফোয়রগা লংখৎনৈ, খরনা লৈমায়দা থরো থরো ওল্লি । মখোয়না মখূৎ লোন্নদুনা খুরুমখিবা মপাদা অঙাংশিংনা য়েংখিবদা নীনি পানবগী থা উই ।

অচৌবা সিফাইশিংদুনা সড়ক্তা অমুক কাখৎলক্তুনা মখোয়গী লুচিংবা গোরাদুবু পমদুনা থাংবতা নত্তনা অঙাংশিংবুসু লেংবান্দা থাঙ্গৎতুনা হরাওনা চোংলম্মী । মখোয় খোঞ্জেল হৌনা ইশৈ শক্লক্লে ।

বিক্তরী বিক্তরী ।
বিক্তরী তু অজ ।

ময়ামদু ইশৈ শক শক্তুনা চৎখ্রবা তুংদা অঙাং অমা থোইবাগী মনাক নকশিল্লকই ।

" করিগীনো মখোয়না অসুক য়াম্না হরাওরিবসি ?"

" থোক্লিবা থা অসি উবদা মখোয়না লাল ঙম্লগনি হায়বগী হরাওবা ওইরমগদবা মাল্লি ।" মুন্না খল্লগা থোইবানা খুম্লকখি ।

অথাপ্পদগী অঙাংবা কোয়েৎ য়েৎপা সিফাই অনী লাকপা উবদা

অঙাং অমা চেনবা হৌরে, অতৈসু মতুং ইল্লি ; লৌথীবা এমঃ পিঃনি খঙনবনি। মখোয় লৌবুক শমদুনা ষন-ইরোইগী কাঙ্গোৎ লীখুন ইল্লকপদা নারক-মোংশোংগী লম্বীদা চৎলম্মী । অসুম লাংলক্তা লাকপদা শা অনী অশিবা ষন অমা চারম্বা থেংনরে। মদু উরুবদা মখোয় তরুক সড়কলোমদা হন্দুনা অমুক চেনখৎলক্লম্মী ।

নুমিৎ তাখ্রগনি ব্রাবনা অঙাংশিং চেনবগুম চৎনরে । মখোয়গী তুংদা হোরোন কন্না খোংলগা খংখাম খাল্লবা কাংখোঙ তরা পানবা গাড়ীগী ড্রাইবরনা খুল্লক্লোমদা মখূৎ থিল্লগা কৌরকই । ড্রাইবরনা কৈরাক থাবীদুনা মখোয়বু কাখৎহল্লে । খুনযা ফাওবা অঙাংশিংবু থিনবীরল্লগা গাডী অমুক হনখি।

অঙাং তরুক অচৌবা সাহেব অমগী লৈফম যূম ময়া নক্লা চৎলম্মী। মফমদু য়াম্না চেকশিন্না ঙাকপনি হায়বা মখোয় হান্নদগী খঙঙি । কিনা কিনা মখোয় মায়কৈ খুদিং য়েংলগা লাকপনি। অব্রাংবা এমঃ পিঃ অমা চৈ থাঙ্গৎতুনা মখোয় তম্না চেল্লকপা উরে । তম্বুরগী যূম, শঙ ফাওদুনা, লৈপল-শম্বল লান্দুনা মখোয় চেন্নরকখি। খুল্লক লানশিল্লকপগা স্বর ফাথনদুনা মখোয় অমুক পূল্লে, অঙাং অনীদি মশাদা কন্না শেৎপা কামশফি তাহৌফম খঙনদে। মখোয় খুদিংমক য়োৎলী তিংখংনা হুবাৎপগী দাগফম লৈ। মখোয়না য়েন্নগনি খন্নরকপা লুপা তরা অমসুং মশা মশাগী বিস্কুট কনাগী খূৎতসু পায়নরমদ্রে। মায়থীরবা খোঙচৎতুনা নুংঙাইহন্দ্রবা থোইবাগী কাঙলুপ মখূৎ হাঙনা ময়ূমদা চঙনরকখি।

অহিং চুপ্পা থোইবা নুংথিলগী থৌদোকশিং মথং মথং নিংশিংঙি। অদুদগী হেন্না মথোং চাদবা থৌদোক কয়া অমসু চোংথোরকপনা মাগী নুংঙাইতবা নমথবা ঙমখি, তূমথোকপসু থুখি ।

নোংঙানবগা থোইবানা থোঙ্গাল থোরকপদা অঙাং নিপাল মাবু ঙাইরম্মী। মফি শেৎতবা অঙাং অনীসু ইনগদবগী কন্না হোৎনরি । নুমিৎতুদি মা হৈনিংদবা উৎতুনা চৎলরোই হায়রম্লগা ময়ূমদা হঞ্জিল্লক্লে । নীংবা কায়রবা মরূপশিংদুনা থোইবাবু য়েংদুনা লেপহৌই ।

অসুম্না চহী তরুক্কী লাল্লক্তা, থৌশাবীদ্রবা অঙাংশিংগী মরক্তা, অব্রাবা চৈথেং কয়া থাগোন্নদুনা চাউরকখিবা থোইবা চহী তরাহুমদোই

লানখ্রে । থাজবা ঙমদনা লাল লোইখ্রবনি। মীয়ামগী হরাওখোন্না পূম্নিল নিল্লি। মচাশিংগী মহে-মশিং তম্বগী ব্রাফম তুংওইনা থম্নরুবা মমা-মপাশিং হৈনিংনা থৌরাঙ পায়খৎনরকই । মী খুদিংমক অনৌবা আশাগা লোয়ননা য়াহৌরকপগুম্মি। লালগী ব্রারীদা পোৎথাফমদি ওইনরি । ব্রাঙাঙ-শাঙাঙ হোংনখিবতা নত্তনা লৌশিংসু ব্রাংখৎনখিবগুম তৌই। থোইবাগী লেংগাশিংদি বৃটিশকী মীচংদা ঙাঙবা খব, জপানগী থৌনা থাগৎপা খর, য়েৎনবা লেপ্পে ।

— হৈবদি জপান্না হেনবনি, মরিন লৈবসু। মখোয়গী চিঙ্গাক ব্রাৎলমদ্রবদি খঙগদবনি।

— মশক ফজবা, চাউ-শাংবা, ইনাক খুনবা বৃটিশনা হেল্লি, অদুনা মখোয়না ঙল্লিবনি।

— জপানিজশিংদি হীরা-থাঙ পায়, মমাঙদা হীরা-থাঙ য়ুংলগা উপ্পুনা লৈবদা নোংমৈ গুলি অমত্তা চঙদে হায় ।

— বৃটিশতি পৃথিবীগী লৈবাক কয়াগী মপুনি, অদুনা মখোয়না ঙল্লিবনি ।

— অমেরিকানা পাংখিবগীনিদা । অমমমগী লম্বাদদি জপান্না ঙমগনি। মখোয়দি শরিৎ শরাৎসু য়াম্না হৈবনি ।

সিফাইশিং মণিপুরদগী হন্নখিবা মতমদা অমেরিকা নুপা অমনা থোইবাবু মখোয়গী দেশতা চৎসি হায়না কন্না থেন্নম্মী । মমা-মপানা য়াদবদগী থোইবা চৎখিদ্রে। মাগী মরূপ ওইবা মচিন-মনাও অনীদি অতোপ্পা সাহেব অমনা পুখি । অসুম্না নুংশি-চান্ননা তিন্ন-তোৎনখিবা সিফাইশিংনা থোইবাদা খুদোল কয়া পীরম্মী ; পোৎশিংদুগী মনুংদা কলম, ঘড়ী,টুপী, ছুরি শামতুগী ফি মখল কয়া অমদি ফোটোশিংনি, মহাক্না মখোয়শিংদু চেকশিন্নসু থমজৈ ।

মালেমগী মফম কয়াদগী লাক্লম্বা সিফাইশিংগী মীনিলখোল তাখিদ্রে। উট, খচরগী মশক উখিদ্রে । লালগী মোতোর সাইকল, ত্রেক্তর, তেঙ্ক, হব্রাগাড়ী সড়ক্তা চেন্দ্রে ; এরোপ্লেনশিংনা অতিয়া থাদোক্লম্লে । ঙংলম্বা ইঞ্জিনগী খোঞ্জেল, নোংমৈগী, বোম-তোপকী, লোইনমক নেমখ্রবনিনা মণিপুর অচীকপা লৈবাক ওইরে ।

মফম মফম, চীংখোঙ-চীংয়া কয়াদা শাগৎলম্বা শঙ, হুন্দোক্লম্বা ইঞ্জিন,হৱাগাড়ী অমদি লালগী পোৎ-চৈ কয়ানা মপু নাইদনা চাইখাইদুনা লৈহৌরি । তম্বুর, তিন, দরি, শামতু কম্বল, গালিচানচিংবা মমল য়াম্লবা পোৎ মপৈ মপৈনি হুন্দোক্লম্বা। পোৎশিংদু হুন্দোক্লম্লবনি খঙলবসু খুঞ্জাশিংনা শোক্লুবদি ঙম্নখিদে, মরমদি থানা সিফাই অমদি চৌকিদারশিংনা মীফা-মীপুনগী থবক কন্না চৎথরম্মী। মখোয়না ওৎপদা প্রজা কয়া মরন-মথুম তুম্নবা য়াওরে ; য়োৎতেক অমা ফাওবা শোক্কদবা কিনখি ।

লাঞ্জেন্নরুবশিংনা হঞ্জিন্নরকপা মতমদা ময়ূম ময়ূমদা পৈদুনা থম্লবা খূজু-খূৎলাই, নোংমৈ-মরু, বোম-তোপ হোন্দোক্লবদা মতম য়াম্না চঙনৈ। য়ূম খরদা তোতি ঈশিং তাহল্লম্মী, খরদনা বিজলী থাল্লম্মী, অদুগা খরদনা তেক্কী শারম্বসু য়াওই । নোংমা য়েনখাদা তাদুনা লৈরম্বা বোম অমদা য়ৈদুনা শান্নরুবা অঙাং মঙাগী হকচাং মচেৎ মচেৎ পাইখি ; ফক্লাংদা নপ্পা মতূম মতূম হূই হৌদোংশিংনা লাক্লুনা চেন্নখিবনি । অসিগুম্বা থৌদোক কয়া লোক-তায়, চীংনুং-মানুং , নারক শীঙলক্তা মশিং নাইদনা থোকখিবনা লাল মতুংদা হাৎখিবা খুঞ্জা মশীং য়ামখ্রে ।

শাজৌগী ইমুং মখোয় মশাগী য়ূমদা হঞ্জিল্লক্লুনা তংদা-লৈতানা লৈজবদি ফংলে হায়ববু শেন্দোন-থুমদোনগী চিন্তাদি পোৎলুম ফানা পুরি। থোইবা অঙাংত অঙাং নৎশিল্লক্লে, মমান্নবশিং চাং নাইনা লাইরিক তম্বা হৌনখ্রবনি । তমুবীগীদক্তদি খুলগী স্কুল অমদা থম্বা য়াখিগনি ,অদুগী মথক্তা নুপীনি, য়াম্লা লুনা খন্নরুদ্রে । অদুবু থোইবাগী ৱাফমদি লুশিল্লক্লে ; মমান্নবা অয়াম্বা ইম্ফালদা চৎনখ্রে । মাসু অফবা স্কুল অমদা লাইরিক তম্নিংবনা নুতিগী মমা-মপাদা হায়জবা লেপ্তে । লুরিবদি শাজৌ উপায় অমত্তা উবা ফংদ্রিবসিনি, হৌজিক্তি হাজির শূরুফমসু লৈত্রে । তশেংনা মমা মপা অনী নুংবঙনরে ।

“ ঐখোয় কৈদৌসিগে ? ” থবাল্লে তোয়না হংজৈ ।

“ খঙদ্রে ইবেম্মা, হিংগদবসি ।” শাজৌ উপায় লৈতবগী ৱাঙাঙ হোংদে।

“ ঐখোয়গী লৌদুবু মচেৎ খজিক্তংফাওবা শেমদোকপা য়াররোইকো ; অমুক্তং চৎলগা য়েংলুবা ফরোইদ্রা ?”

*" ফৈদোম অমা-অনীদি ফৌ থাবা য়ারমখিগদ্রা, অতৈদি থাজদ্রে"*

*" ফৌ নৎত্রবসু অতৈ মহৈ-মরোং থাবা খক য়াররোই ?"*

" য়াররোই ,কয়লাস থাখ্রববু, লৌগী পট্টা অরেম্বা তারবনি ।"

" অদুদি হৌজিকপু ঐখোয় লৌফমদুগী খাজনা থীখিগদ্রা ?"

" কৈদৌনা থীরুনি,লৌ-ইশ্বোল ওইবসু য়াররোইদবা লমদুগীদমক ।"

থাবল্লে মাঙজখ্রিবা ময়াম খল্লুরগা স্বর ফুনগৎলকই, অৱাবা খাঙদুনা শাজৌদা য়েংলম্মী । হিংনবা উপায় খল্লে খন্নবগুম মখোয় অনী তুমিন তুমিন লৈখি । মিৎকী মপা থোক্লুবা পোৎ অমা য়েংলগা থাবল্লে পাখল্লপ তৌই ।

" শুমাঙ মতোন্দা থল্লিবা অচৌবা পাইপসি কৈদৌনবনো ?"

" থোঙ্গাল উকূ ওইনগে, অনীনা চপ চাগনি, হয়েং অমগা লৌশিল্লুগে ।"

" হুন্দোকখিসি । সরকারগী পোৎ অমত্তা লৌশিনবা য়ারোই, য়োৎপী অমা থল্লম্বা ফাওবা ফাগনি হায়নরি, ঐ কিজেকো ।"

" কৈদৌনা কিরুনি, হুরাল্লুবসু নত্তে, হুন্দোক্লম্লবা পোৎ খুনববু । সিফাইশিংদুনা চৎলমদাইদা শিজিন্নবা য়াবা পোৎ পূম্নমক লৌশিল্লো হায়রম্বনি ।"

" অদুগা করিগীনো শামতুগী কম্বলনচিংবা পোৎ ময়াম ময়াম কোম তৌদুনা ফুম্নরিবসিনা, হুরানপোৎকুম লোৎনরিবা?"

" ইমুংদা থম্ফম চিনবগী ওইনরমগনিদা ।"

" চৌকিদারনা য়ূম ইশ্বোল চেক কন্না তৌবা হৌরে হায়নরিবনি । মী খরদি থানাগী খুৎতগী কন্নবা হোৎনবদা শেল য়াম্না তিংনরে তায় । ঐখোয়বু হৌজিক মদুগী লাংদুদা থুরবদি লোইজরে,লৈত্রিবা মরৈতসিদা । ঐখোয়গী লাইবকসিনগা য়েংঙুদো, চীনবাঞ্জাও হাৎলুবগী কেশ পানশিল্লক্কুনা হৌজিক কয়া ৱাহল্লবা ।"

" হোয়নে, খুনয়াম অমা হুপচিল্লক্কুনা হাৎখিবনি ; খূৎলাই থাখিদবা অমত্তসু য়াওখিদে । অদুগা, দষানা ঐখোয় তরাদা ইনশিল্লি।"

শাজৌ থাবল্লেগী ৱাফমদু খন্দবদি নত্তে, পাইপ্তা মুন্না য়েংলম্মী ।

থোইবা ইমুংদগী থোরকই, অনৌবা ফিজোন্দনি। শামতুগী অশংবা ফুরিৎ-খোংগ্রাউ থেকত্তুনা শেৎলগা টুপী অচেপ্পা অমা উপ্লম্মী । খুদাংদা ফজরবা ঘড়ী শিরি,ফুরিৎখাউদা সনা মচুগী অরংবা কলম অমসু থেৎলি । চাদবা ফিজোল ওইরবসু মমা-মপাগী মিৎতা মচা নুপাদু সাহেবমকুম লেমজে। খাম্বা নংহৌদনা থোইবা থোঙ্গাল্লোমদা থোকখিরম্মী । শাজৌ মচানা চৎখিবা মায়কৈরোমদা য়েংলম্বদগী থাবল্লেগী পুক্লিং চিংশিল্লি ।

" থাবল্লে , পৈহৌরিবা তিনগী মপৈদু য়ামখ্রেদা ।"

" কদাইদা ?"

" খাঙ্গ্রা হৌবী চীংগোন্দা, ঙসি অযুক থেংনরম্বনি, মদু কনানসু উনরমখিরোই ।"

" কৈদৌনবনো তিন্না?"

" য়ূম কুপ্লেদনা, য়োল্লবসু মমল য়াম্বনি ।"

" কনানবু লৈবীরুনি হায়বগে, হোঞ্জিন্নবদা লোইরবোইদবা পোৎয়ামসিদা । অতৈ অদু-অদা থোইনা মিহৌদে, ঐনা পাম্বা অমদি য়াওরি ।"

" করিনো ?"

" শঙ্গোম হাপ্পবা সিলফোরগী কোন ময়াম অমা পাৎয়াদা পৈদুনা লৈহৌবনি ।"

" কৈদৌনবনো ?"

" ঈশিং থম্লবা, সনাবুল অহুমদি চনগনি ।"

" সৈত্য, ঐসি হৱাগাড়ী থৌবা হৈরম্লবদিকো।" শাজৌদা নিংশিংলকপা অমনসু থেংলৈ ।

" বিলাট তানা থৌখ্রগেরো ?"থাবল্লে কান্নদে খনবগুম নোকলম্মী।

" চীংখোঙ ত্রেক্তর লম্বীদা ইহন হেক হল্লিবা ফোর গাড়ী অমা লৈ। ব্রার্কশোপ্তা, তুরেন্দা,ক্বারীদা , কাঙজৈবুংদা পৈরিবা হৱাগাড়ী ময়ামসি মহৈ মহৈ কনশিন্নখ্রে।অঙাংশিংনা নাওরী শানবা তিপ লৌথোকপা হোৎনবদা তায়ার অয়াম্বা থাঙ্গোন্না লেনথৎখ্রবনিনা থৌবসু য়াররোই। ঙকখ্রবা অঙাং ঙাক্তনিদা, এরোপ্লেনগী থাউ তেক্কি খায়দোক্লগা তুরেন্দা

হি হোন্দুনা শান্নরিবনি। ঐনা উরম্বা গাড়ী অসিমদি করিমত্তা শোক্ত্রি। মশক খঙদবা মী খর কাখৎতুনা য়েংলম্বনি, ঐগীনি হায়বদগী চৎখ্রে ।"

" নহাল ইচে ললিতানা তম্বদা নুমিদাং নুমিদাংসি মমল নাইবা, কান্নবা পোৎ হোঞ্জিন্নবদা মীশিংসি খোইরেল মশা পান্নরে । অদুগা ঙসি অয়ুক অমুক হায়রম্বনা থানানা তক্তা ফাগৎলক্লি অসিনি ।"

শাজৌ থাবল্লেগী ৱা তানা তানা থোঙ্গাল্লোমদা পাখৎলপ য়েংলম্মী। লৈকাই চৌকিদারগা, থানা সিফাই অমগনা থোইবাগী শয়েঙ নামা নামা পায়দুনা চঙলকই। মচাবু ফাদুনা পুরক্লিবনি হায়বসি থাবল্লে খঙলে, শাজৌ হৌগৎপদা মহাকসু য়াওরম্মী।

"শাজৌ , ঐখোয়সি সবকারগী পোৎ শঙলিবনি । শোকপা য়াদে হায়বা পোৎ মখৈ নখোয়না অহিং অহিং লোন্না হোঞ্জিনবদা পেল্লক্ত্রদুনা নচা অঙাংসিসু থাদোক্লগা হুরালহল্লবনিনে?" চৌকিদার কল্লপ লাউবকখি।

শাজৌ অদুম ঙক্লা য়েংলি, খুম্ফম খঙদ্রি। থাবল্লে ৱাফমদু কন্না য়ানিংদে, হায়রকই, " তাদ, অঙাংসিনা কনাগীসু মপোৎ হুরাল্লুদে ।"

" করি? সাহেবকী মমল য়াম্লবা পোৎশিংসি হুরাল্লগা মপু শারিবসিদি, অসিবু হুরান্দবা ।" থানা নুপা ঙংলকপনি ।

" ফিরোলশিংসিগীদমক ওইববদি মাগী মরাল লৈতে, সাহেবশিংনা নুংশিবীদুনা মঙোন্দা পীবীরম্বনি ।" শাজৌ শাওনিংবা ফাথরগা হায় ।

" গোবা সাহেবশিংদু ইবুংঙোগা পোকমিন্নবা ইচিন ইনাও য়াওব্রো?" চৌকিদার করেম্নবগুম নোকখি । থোইবাগী নীংজোন্দা চৈনা কল্লগা মমিৎ শুক্তোক্তুনা লাওশিল্লম্মী, " হায়য়ু কদাইদগী হুরাল্লুই?"

থোইবা চৈনা খাঙদুনা হায়," সাহেবনা পীরম্বনি,হুবাল্লুবা নত্তে।"

থানা সিফাই ইমুংলোমদা খুদোম্বী থিল্লগা চৌকিদারদা মঙক ইনখি, " মনুংদসু পোৎ লোৎলমগনি । অসিদা লৈরিবা পাইপ অসিনা কৈদৌঙৈ হুরাল্লুরিবনো ? হৌজিক মপা-মচা অনীমক হুরানবগী চপ চাবা প্রমান লৈরে, জেল য়ৌবা তারবনি ।"

লৈকাইগী মীয়াম শাজৌগী শুমাঙদা পৈরে। চৌকিদার অমদি সিফাই অনীগী হেঞ্জিনবা ৱাঙাঙ, তমথীবা মতৌদু য়ানিংদবা ঙাক্তনি, অদুবু কনাসু

চোংথোক্লুনা য়েৎনবদি ঙমদে, অদুম কুমহৈদা তারে । মখোয়দা অদুক চাউবা মরাল শীরক্কনি থাজরুদবা শাজৌ ঙাইহাক লুকথদুনা ইকাইবা খাঙলম্মী । সিফাই শাওগৎলকখি ।

" ঐখোয়বু য়াম্না তমথীবা তাহনগনু , হুরানবা ফাবা ঐখোয়গী ইথৌনি । ওফিস য়ৌরসি ।"

ময়াম্না হায়জে ; " মদুতদি ঙাকপীয়ু , হুজূর ।"

" করিনো য়ৌ য়ৌ তৌনবীরিবা, ময়ামগী যূমদসু চেক তৌরো হায়বীরিব্রো?" মীয়ামগী শোন্থবা মতৌ য়েংলগা থানা সিফাই কনখৎলকই, "মসি ঐনা শাজৌ হায়বা ইবুংঙোসিবু য়েংথীদুনা, নুংশিদদুনা নৎত্রগা লন্নাই নুংঙাইনদবা লৈবদগী তৌবা থবক নত্তে । ঐখোয়দি আইনগী মনাইনি, অঙম অথৌশিংগী থৌদা ইঞ্জবনি । অখঙ-অহৈশিংগা তান্নবীরগা কোন্না জেলদগী লৌথোকপীরো । হৌজিক্কীদি লেঙনবা তৌরসি ।"

" শাজৌ , নশানা য়ারেকো ?" চৌকিদার লাউরকপনি ।

" তাদ চৌকিদার , থেংখিনবনি কান্নদে, পুনবা তৌরসি ।" সিফাইনা তকশিল্লকই ।

" শাজৌ , ফি হোংদোকখিগে হায়ব্রা,নচা নুপাগীসু, য়ারে হায়রগনা চৎলসি ।" চৌকিদারনা হায় ।

থাবল্লৈ মপি শিন্থে, লৈরিবা মীয়ামদা তেংবাংগীদমক লৈদুনা য়েংলম্মী । অহল অমনা চৌকিদারবু য়েন্নখাদা কৌথোক্লগা লোন্না ব্রা তানৈ। অহলনা থাবল্লৈবু অমুক কৌদুনা চৌকিদারগা ব্রা ঙাঙনহল্লি । থাবল্লৈ খ্বাংচেৎ ক্রক লাকশিল্লগা থোঙ্গাল্লোমদা থোকখিরম্মী।

লম্বীদা তহা তহা লাকপা তোমাল অমসুং ললিতা থাবল্লৈগা থেংনরে । মখোয় অনী উবদা থাবল্লৈ কপ্লম্মী ।

" মঙগুম্বা থৌদোক্লি, তাদগা তানবা চেঞ্জরকপনি,করি তৌসিগে?"

" ঐ পাউ তারে ।" তোমাল য়াম্না খঙনিংলি, নুংঙাইতনসু উই । " ঙাঙন-হায়নবা ইয়ামক য়াদ্রবনিনে ?"

" অহল অমনা কন্না হায়নবীরি । লুপা চনী পীরবদি কেশ লৈহল্লোই, ফারোই হায়রি ।"

তোমাল ঙাইহাক ব্রাখল তৌই । থাবল্লৈ ললিতাদা য়েংদুনা লৈ ।

" নখোয় অনী চৎলম্লো ।"তোমাল মমায় ওনখি, "ঐ যূম য়ৌরুখিগে ।"

নুপী অনীনা শুমাঙ য়ৌরকপদা লৈকাইগী মী অমত্তা লৈরমদ্রে, চৌকিদারনা চৎহনখিবনি । মপা-মচা মরু লুক্কা ফম্লম্মী ।

" থাবল্লৈ ইবেম্মা , আ য়ৌদবা য়ারগদ্রা? " চৌকিদারগী ৱাহংদা মীনুংশি য়াওবা শাই ।

" হোৎনজরি তাদ।"

" অদুনি ইবেম্মা, ইচা-ইপুরোইববু অৱাফমদা তাহনবা হৌনদে ।"

লৌনম চেনবা চৌকিদারগী থেমজিনবা ৱাহৈদগী হেন্না খানা থানা সিফাইনা থাগৎলকই, " লৌশিং লৈবী নুপীদি মপুরোইবগী চৈঙাক্লি । ইমুংসিদা লৈবা উচি ফাওবা হৌন-লোনচৎ খঙলমগদবা মাল্লি। "

ৱাহৈশিংদু থাবল্লৈগী মনাদা হাপ্তে, নুংদা ঙৌরিবনি ।

তোমাল য়ৌরকপগা শাজৌবু ইমুংদা কৌশিন্দুনা শিন্নৈ," লুপা চামনি, অসিনা য়ানবা হোৎনসি ।"

শাজৌ মপান থোরক্লুনা সরকারগী মীশিংদুদা হায়জরবৈ, " ঐখোয় য়াম্না লৈজদবনি, মীঙোন্দগী পূ-লঙদুনা লুপা চামা ফংজে। মসি লৌবীয়ু, কেশ মখা চেন্নদনবা শীনবীয়ু ।"

আইন ঙাকপা অনীদু শেল লৌরগা ৱা মখা তারমদনা চৎখ্রে ।

শাজৌ ইকাই নুংশি য়ান্ননা হায়, " তা-তোমাল, অসিবু কবি দযানো ; ইয়াম্বা লৈরমদ্রবদি করি থোক্লমগনি ?"

শাজৌ থম্মোয় প্রোক প্রোক চাক্লা খাঙখি । লান্দা হুন্দোক্লম্বা পোৎ শোক্লুবগীদমক মহাক শেল তিংলে , ইকাইবা নংলে । মরম ইচা চাদনা মহাক্লা শেল তিংখিবা তোমাল পুক্লিংদা য়ানিংদ্রবসু ৱাহৈনদি ফোংদোকখিদ্রে । মীয়াম মাঙদা খোঙ্গোয়নরগদবা মনাও অমা কলহৌবদা মহাক পেন্থোকপা তারবনি।

" তাদগী তৌবীমলবু করম্না কাউগনি ।" থাবল্লৈ মপি ফিজিনা তৈথোক্লম্মী।

তোমালনা হায়, " তুংদসু চেকশিনসি । শাজৌ, নঙগী পাইপসি

হুন্দোকখ্রো, অদুগা অঙাং, নঙগী ফি-রোলশিংদু মৈ থাদোকখো।”

তোমাল অমসুং ললিতা চৎখ্রবদা ইমুংগী মীশিংদগী হেনবা কনাসু যূমদুদা লৈহৌদ্রে । শাজৌ ব্রাখল অমদা লুপ্তুনা লৈরম্বদগী খংলাউ লাউরকখি, “ মসিগী অঙাংসিননিনে, ফুতানি হেক তৌজবা শারে, মতিক মপা চাদনা । মূর্খ,সাহেব শাবসিনা কদাইদগী পুশিল্লকপা ফি-রোলনো ?”

মমাঙদা তারম্বা ব্রাশা অমা পায়খৎতুনা থোইবাদা শেৎ শেৎ কল্লম্মী। থাবল্লে খামদে কপ্তুনা লৈ। তমুবীসু মমাদা কোন্দুনা কপ্লম্মী।

থোইবা চৈনা খাঙদুনা ইমুংদা চঙখ্রে। মমা-মপানা মরাল অমগীদমক চৈরাক পীবা অহানবা নুমিৎনি । হুরানখিদে হায়জবদা থাজবীখিদবা , করেম্নবা থানা সিফাইগী ব্রাঙাঙনা মপাগী ব্রাশাগী চৈনাদগী শরুক চামা হেন্না নারি । মানা শেৎলিবা ফি অদুতা নত্তনা অতৈ খুদোল ওইনা পীরম্বা ফজরবা ফিজোল কয়া অমসু পুথোরক্লে, থোঙ্গাল ব্রাংমদা পুম্নমক্কু তুম্না থ দোকপদা ঘড়ীগা কলমগসু য়াওখ্রবনি । অঙাং থোইবাগী থম্মোয়নুংদা মৈজাউ অমসু তপ্না চাকখৎলক্লি ।

# ৯

অনীশুবা লাঞ্জাও লোইখিবা চহী অহুম হায়রক্লে । ভারতনা নিংতম্বা ফংখিবগা লোয়ননা মণিপুরগী লোইজী-লোয়া, চীংনুং-মানুং অমদি সহরগী পুন্সিদা অচৌবা অহোংবা অমা লাকখ্রে । শাজৌগী খুঙ্গংদা অথাপ অথাপ্পা খুলশিং অমসুং সহরদগী লাল মনুংদা শেন্দানবা লাকখিবা মীওই কয়া মপান মরা তানা পান্নবা য়াওখ্রবনি । খুঙ্গংসিদগীসু কোনুংদা মী কয়া হোঙ্গৎতুনা লৈনখ্রে ; মখোয়শিংদুগী মনুংদা তোমালগী ইমুংসু অমনি । হান্নদগী চেকশিন্না যূম্বাঞ্জরকপা তোমাল লাঞ্জাওগী মতমদা তানখিবা শেল ফজনা তুংশিনখি ।

তোমালগী ইমুংদা লনগী লাইরেম্বীনা মায় ওনশিনবা মতাং থোকখিবনা মহাক য়ূম-ইঙ্খোলগী ক্ষেতিপুরনসু চাউনা ফংখিরম্মী । শেল-থুমগী অৱাৎপা লৈত্রবদা মহাক মচা অহুমগী মহৈ-মশিং তম্বগী য়েংদুনা ইম্ফালদা হোংবগী ৱারেপ লৌখি। মহাক্না হোংলমদাইদা মনাও শকপা শাজৌগা শে-মাই তানদুনা নীংথিনা পুকমেন পাউমেন্নখিদ্রে। মদুগী মরমদি খঙহৌদনা লাকখিবা পুক্লিংগী শম্বলনি ।

শাজৌনা মীঙোন্দগী পূশিল্লুবা শেল অমদি ফৌ মথোই য়াওনা পাবদা লুপা লিশিং অমদগী হেনখ্রে । তোমালখক্তনি মঙোন্দা শেল থৌরদ্রিবা, অতৈ শেন্দোই চাবা মহাজনশিংনদি অহিং নুংথিল লেপ্তে, খরনা শেলহুৎ শিংদোক্লো হায়রৈ, খরনা শেন্দোই মতম য়ৌরে নিংশিংলবনি । নিংথমথাদা ফিথুংদবগী য়াখৈ নিক্লা খাঙবা, চিংজিন্দা নোং

যুবা হিপফমদা থবাক্তা খুদেং থম্লগা তূম্বা, কাঙখল লৈতবনা অহিং চুপ্পা ওন্দুনা লেনবা অমদি চরা হেল্লগা থবক শূবগী চোকথবা পুন্নমক নোক্লা নোক্লা খাঙলবসু শেল থৌরবগী মৈশাদি অচৌবা লাইমন ওইরক্লে । অহিং তূম্বা য়ারত্তক্রুবদা শাজৌ থাবল্লেগা শেন্দোল শিংদোক্লবা খন্নে,মচাক লৈতবনা হেন্নদুম পোৎলূম চাউখৎলকই ।

" য়ূমজাও ময়ূমগী অহল লাক্লন্মী।" শাজৌ ঙসিদি মিংসি হৈনিংনা পল্লকখি ।

" লাকসু লাকখ্রে, শিংদোকপা ঙমখিরোই হায়নখ্রবদা ।" থাবল্লে ইশৌ কাংলপ তৌই ।

" ঙাইখোবা শেল থৌরম্বা নত্তে, পীগে হায়রম্বনি ।"

" লৌহৌদ্রিবদি করিগীনো ?" মতাং চাদবা ফাগিনি খন্না থাবল্লে হৈনিংদে ।

" নঙগা অমুক্তং তান্নজখিগে হায়খিবনি । হো ইবেম্মা, থবক খুদিংমক্তা ইমুংগী নুপীগা খন্নদবা নুপাসি অপঙবা খনগৎপদা য়াওরবনি হায়নৈনে ।" শাজৌ মপান্দা ফাগিগুম নোক্লবসু থাবল্লেগী লৌশিংবুদি থাগৎলিবনি ।

" করি করি চোইরোলনোদা ।"

" অহলগীদু ফাগি নত্তে, য়ানিংবা য়ানিংদবা ঐখোয়গী ৱানি ।"

" করিনো , মরোলদুবু ?"

" ক্ষেতিপুরন ফংলকপগী ৱাফম ঙাঙনরকপসি কুইরেদনা ?"

" অদুবু নকশিল্লক্লে হায়নৱো ?"

" ঙাইখোনে ।"

" ক্ষেতিপুরনগা খুড়াগা করি মরী লৈনরিবা ?"

" অদুগী ৱানি। সিনিদা, ঐখোয় ক্ষেতিপুরন শোয়দনা ফংগদবা লৈরে ; তপ্পা থুবা অমদি শেলশিং খঙদবগী ৱানি । মামনা হায়রিবা, ঐখোয়না ফংগদবা ক্ষেতিপুরন্দু মহাক্কী মশরুক ওইজরগে, হায়বদি লৈরগে ; য়াম্না ফংলবসু খজিক্তং ফংলবসু মরাইবক । অতোপ্পা মীশিংগী শেন্দোই হুন্নবা হোৎনবদা ঐখোয়না লাংলিবা মৈশাসি অহলনা উবীরি । অৱাবদু কোক্লবা চাতরেৎ অমগা হাপ্লগে অসিনি ।"

" অদুদি ঐখোয় লূপা লিশিং অমা ক্ষেতিপুরন ফংলে হায়না লৌরবসু য়ারে । ময়ামসু অদুক য়াম্না ফংনগদ্রনে?"

" ৰানোম্বশিংদা হংলুবদদি অদু য়ৌনরোই হায় ।"

" হায়রিবসিবু লৌ-ইশ্বোল অনী পূল্লব্রা?"

" পূন্দে,লৌগীনা তোঙান ফংগদবনি ।"

" শোয়দি শোয়ররোইকো?"

" শোয়রোই হায়নরি, ৰানোম্বগী শেলখাই অসুক তোয়রিবসিদি।"

" খঙদ্রেদা, ঐখোয়গী লাইবক মতাসিদা।"

" করিনো লাইবক ফবা ময়াম অমসু মরক্কুদা য়াওরিনা ।"

" অদু, হয়েং খজিত্তুং ফংলক্লবদি অহলদু মখা ৰা হায়রক্লরোইদ্রা?"

" অদুগীদি মশরুক ওইবগে হায়খ্রে, মখা করিমত্তা তারকপা য়াররোই, অচেৎপা শাক্তি-শাবন থমদুনা চে ইনসি হায়রি।

ঙাইহাক ৰাখল তৌরুবা থাবল্লে য়ানিংবা খোনফমদা হায়, " ফরবনি, তোল্লিবা মীগী মরলশিংসিবু শিংদোকপা ঙল্লবদি, অসিদগী হেন্না ফবা উপায় করি লৈরিবগে ?"

" থবকসি য়াম্না থুনা লোইশিন্নসি হায়রি ।"

থোইবা মমা-মপা অনী ঙাঙনবা তায়,অদুবু মখোয়না ৰারী শানরিবা মফম অমসুং মতম্না মাগী হায়নিংবা পূম্নমক থিংদুনা থল্লে ।

মথংগী অয়ূক্তা থোইবানা মরুপ অমগী য়ূমদা চৎলুবদগী হল্লকপদা য়ূমজাও ময়ূমগী অহলগা মপাগা চে-চাং ইনবা লোইশিল্লম্লে ।

নুমিৎ খরনি লৈরগা শাজৌ তোমালগীদা চৎতুনা লুপা চামা তরা পীরুই । ইথা থাজদনা য়াম্না থুনা শিংলবা শেলগী লাকফম তোমালনা কুপ্না হংলম্মী । শাজৌ অশেংবা ৰারী তমখি । মহাক্কী পুকচেল খঙবনা তোমাল মিৎলুদা ঈহৌরকই , অদুবু মীকুপ অমগী মতুংদা মহাক শাওবনা মায়থোং খেগুম ঙাংখি । লূপা তরা হন্দোক্লগা কল্লপ হায়," ঐঙোন্দা শেন্দোই পীনবা নঙগী ৰাখন্দু কদোমদগী লাকখিবনো, হন্দক্তি ফনা নীংথিনা নয়াম্ববু কাউখ্রবোইরে ।"

শাজৌ তোমালদা হঙ্গৎনা য়েংবা ঙমদে, তানহৌদবগী অশোয়বদু

ঙাকপীয়ু হায়জনিংলবসু লাইরবগী ওইনবদা খঙহৌদনা ফুক হৌগৎলকখি। মতম অদুদা শাজৌনা মহাক্কী অরানবদু অদুক য়াম্না চাউই হায়বা খঙলমদে। অদুবু, থা অমগী তুংদা অঙাং ওইরিবী তমুবী ফাওবনা মমা-মপাবু অপঙবদা শীংথারকপদা শাজৌ নীংঙমদনা শোল্লন্মী, " ওন্থোকপনি, লাইরবদা লাইচঙবা।"

মীগী মোইথেমদা পঙথরুবী থাবল্লেসু নীংঙল্লক্তে। লাঞ্জাও মনুংদা য়ূম-ইঞ্খোলদগী তান্থোকখিবগীদমক ক্ষেতিপুরন পীনবা শাজৌদা সরকারগী চে থুংলখি। অদুবু শেল লৌবদি য়ূমজাও ময়ূমগী অহলনা চৎখি। হল্লকপদা লুপা লিশিং অনী ফংলকই হায়না পাউ তম্লরে। শাজৌনা ময়ামদগী খর হেন্না ফংখিবদু নোংমৈ মরূনা পান্দুনা শিখিবা ষনবী-ষন্নাউগী মমল য়াওবদগীনি হায়নরকখি। য়ূমজাও ময়ূমগী অহলনা ফংখিবা শেন্দোং লূপা লিশিং অমনা লৌ-পরী অমা হেন্না লৈবা ফংবনি। তোমালনা শাওখিবা লান্দে। অশোয়বা অসিদগী শাজৌ নুংশিজরবা ময়াম্বা শরুবা তোমালবু ইকাইজবনা থৈবা হৌখ্রবনি।

মতম খর ওইনরুরবসু তোমালনা মনাও শাজৌবু য়াম্না উননিংলকখি। মহাক হৌজিক সহরগী ময়োন্দা লৈরে; য়াইফবা চৈগাবা হায়বদুসু ওইরি। ক্ষেতিপুরনগী শেলনা খ্বাইরম্বন্দা দুকান চাউথোকখ্রে। লৌ পরী তরাদগী কারকপা লৌশালনা ইমুংগী চাদিং পূম্নমক লেম্না পানা কোন্নে। হেন্দোক থোইদোকপমক নৎত্রবসু মহাক লৈকাইগী মশিং চনবা, ইনাক খুনবা মীশক ওইরবনি। সংস্কৃত অমসুং বাংলা মশা লিৎনা হৈরকখিবনা খ্বায়নসু মহাকপু ইজ্জৎ সনমান চাউনা তৌনরি।

তোমাল নোংমা শাজৌগী য়ূমদা লাক্লন্মী। থাবল্লে নত্তনা কনাসু লৈরমদ্রে। শাজৌ উনবা ফংদবগী নুংঙাইতবা লৈরবসু মহাক ঙাইহাক লৈতানা ফম্লবা হোৎনখি।

" কদাইদনো শাজৌনা চৎখ্রিবদুবু?" তোমালগী নুংঙাইজদবা হেনগৎলকই।

" তাদ, মখোয় বাজীদু ইম্ফাল কাখিবনি, অয়ূক ঙন্তা অহানবা গাড়ীদা।" থাবল্লেগী মায়থোংদা শীরিবা ইকাইজবা তান্থোকখিবা ঙমদ্রি।

" ইহে! ঐগা লম্বী থৈনরেদনা। করি থবক্কীনো?"

" অঙাংগী ফৌ থিনগৎপা চৎখিবনি ।"

" করম্বা অঙাংগী ?"

" মচিন- মৌপ্পা অনীগীনি , তাদ ।"

" ফৌপোৎ কয়ানো?"

" কুনমরিনি তাদ, অমমমগী তরানিথোই তরানিথোই ।"

চাখুম পূন্দুনা অঙাং অমা লৈবদা ইম্ফালদা চৎনবী ওইনা চহীদা ফৌপোৎ তরানিথোইদগী তরামঙা ফাওবা লৌনৈ হায়বা তোমাল মমাঙদা তাখ্রে । অঙাং অনীদু মহাক্কীদা লৈরবদি শাজৌনা ফৌ তিংলুদ্রবসু য়ারবনি। চীন্দা হায়দোক্রুবসু পুক্লিংদদি নুংঙাইত্রি ; মসিমসু মহাকপু মীতোপ ওইনা লৌখিবগী মরম ওইরি ।

" নখোয় অনী অঙাংশিংগীদমক ওন্থোক্লা ৱানা হোৎনরেদা ।"

" হোয় তাদ, ৱারিবদি লোইরবা । স্বাইদা হায়স্কুল লৈতেদো, তম্বসু তোকহন্নিংদ্রিবা । মখোয়গী মথ্বায় য়াওজবদু উরগা ইশা মীনাই ওইবা ঙমগদবোই হেক খল্লি ।"

" ফরিবনি ইবেম্মা, ঐখোয়না হিংলিবসি মখোয়গী খলনা লূল্লিবনিদো।"

" খঙদ্রে তাদ, আশানি তৌরিবসি ।"

" হোৎনবদা লেম্না মাঙবা লৈতবনি । ফরে থাবল্লে ,ঐ লাক্লম্মী তল্লো, মাবু ঙাইবদি থেঙখিগদবা মাল্লে, য়ৌখিনবা তৌরগে। নখোয়বু নোংমতসু ঐখোয়গীদা কোয়থোরকপদি ময়াবনি ।"

" লাকচগে তাদ ।"

ইমুংগী অচীন-অফাই অমদি অঙাংশিংগী মরমদা মখা ঙাইহাক ৱারীনরবা তুংদা তোমাল হৌগৎলক্লে । মশাদা অৱাৎপা অমা লৈবগুম নুংশিজরবা লমদমদু লৈনা লৈনা য়েংলম্লগা মহাক হল্লকখি । শাজৌনা চহীদা ফৌপোৎ কুনমরি থিনগৎতুনা মচা অনী লাইরিক তমহন্নবা হোৎনবদা ৱারমগদবদু মহাক খন্দবা ঙমখিদে । মদুগী মথক্তা মিংজল শেল, লাইরিক লৈবগী অমসুং অতৈ খরচসু লৈরিবনি । শাজৌগী মতেং খরদি পাংবীফম থোকই হায়বসি মহাক চপ চানা খল্লম্মী । অদুগা অসিমসু মহাক্কী থম্মোয়দগী তান্থোকখিবা ঙমদ্রি, করিগীদমক শাজৌনা মঙোন্দগী অশুক

কন্না থৈরিবনো।

শাজৌ ইম্ফালদগী থুংলবদা থাবল্লেনা তোমাল লাক্লম্বগী পাউ তম্লম্মী। খ্বাইরম্বন্দা লৈবা তোমালগী ফিগী দুকান শাজৌ খণ্ডবা নত্তে, অদুবু ইকাইবদগী চঙলম্বা ঙমদনা লাকখ্রবনি । থোং মান্নদবগী ফিভম্না হৌমিন্নরকপা মরুপশিংবু লাপথোক্লহন্নবগী মরম ওইররে। ময়ূমদা লাক্লম্বা তোমাল উনহৌদবগী নুংঙাইজদবা খর লৈরবসু মচাশিংগী মতাংদা অমুক য়েৎলুবগী ৱাখন্দি মহাক থাদোকখিবা কুইরে । মাসু মাগী ঐসু ঐগী হায়বা তাইবং লোনচৎ মঙোন্দা লাকখ্রে ; তশেংবমক্তি তোয়মন্না য়েৎপদা ইকাইজরকপনি ।

ৱানা ৱানা শাজৌ অমসুং থাবল্লেগী মতমসু অসুম অসুম চৎখি । থোইবা চহী তরানিপাল লানখ্রে। তমুবীসু লৈশাবী হায়বদু ওহরে। মশক-মতৌ ৱাৎতবী, রাশি-গুন চংখোনবী মচানুপীবু লাপথোক্লা লৈহনখিবদা মমা-মপা থৱায় ৱাজবা মতম য়ৌরক্লে ।

থোইবা মেত্রিক পরীক্ষা লোইবগা ময়ূমদা কৃল্লক্লম্মী । মচন্দি লৈহৌরি। হান্নদগী মরম ওকপদা মশীং থাবা থোইবা মেত্রিক পরীক্ষা থাখ্রে হায়বসিদা লৈকাইগী পাখং-লৈশাবীশিংগী ৱারীনফম ওই। মমা-মপা অনী হোৎনজমল ফংবা মতম য়ৌরক্লে খন্না নুংঙাইজবা ফাওই,মীঙোন্দগী পৃশিল্লবা ফৌ অমসুং শেলগীদমক মিপাইবা খর শাফরবগুম নীংঙি । অদুবু মহাক্তি ইমুংগী শেল-থুমগী ফিভম অসিনা লাইরিক মখা তমথবা ওইথোক্লোইদৌরি খল্লুরগা নোংমতসু হরাওনা নোকপা ঙমদে । সরকারগী থবক মচা অমত্তং তৌরগা ইমুংগী লন্দোন শিংদোকখিবগা লোয়ননা প্রাইভেৎতা মখা পরীক্ষা থাগে হায়বসিদা মহাক পুক্লিং ফাজিনবা হোৎনরম্মী। মরকসিদা নিঙোল পোকপা মমা-মপা কয়ানা মহাকবু মমাক ওইনিংবগী ৱা হৌদোক্লবসু লৈ । মতাং অসির্দাদি থাবল্লেনা মচা অনীবুদি চাউনা লুহোংগে নিংলি, পাঞ্জিশিংগী লুহোংফাল লৈত্তে হাযবা ৱাহৈ মাঙখিঙৈদগী লুহোংবগী চৎনবী চাউখৎলকখ্রবনি।

লৈবাক কন্না তৌথোক্তুনা মতেক মতেক নীস্থোকচবদগী লৌ মরাকমুক্তি শাজৌ মাঙখ্রবা লৌফমদগী অঙনফৌ থানবা থৌরাঙ তৌরি । নুমিৎতুসু মপা-মচা লৈবাক তৌখৎলুবদগী য়াম্না চোকথনা হল্লকপনি ;

থাবল্লে চাক লোইরগা মখোয় কারকপা ঙাইরম্লি । চহী হুম্ফুগী মথক ওইরবা অহল অমা মাঙ্গোন্দা থাবা ফক্তা ফমদুনা লৈরম্বা উবদা শাজৌ ঙক্তক চঙলকখি । মশা নানবা, য়াদা সনা তোপ্পা, সনা খুদোপ অহুম সিবা, ঈংনা তপ্না ঙাঙবা অহলদু সহরগী মী ওইরমগনি খল্লুবনসু মহাক ঙকখিবনি ।

" তাধন, লেঙশিনবীরম্লি ?" শাজৌ মকোক নোল্লে ।

" হোয় চৎথোকচরক্লি । শাজৌ হায়বদু ইবুংঙোনিকো ?"

" হোয় তাধনবু , করি থবক্কী ?"

" অমুক্তা ফমথবীখো, ব্রা অমা হায়জগে লাকচবনি ।"

" তাকপীসি ।" অমোৎপা ফিগা শাজৌ দারি মপান্দা ফমথৈ ।

" সুম তৌবনি, লাইফম পানা খুল নম্বর হুম্ফুদা ইবুংঙোগী পরী অনী মরাক্কী লৌফম অমা লৈবীব্রা ?"

" হোয়, লৈজে, হৌজিক্তি লৌবু ওইদ্রেদা । চীং- লৈবাক অমদি নুঙনা য়াম্না তোঙনা থোল্লগা কয়লাস থাজিনখ্রে ।" ক্ষেতিপুরনগা মরী লৈনবা ব্রাফম ওইরমগনি খন্দুনা শাজৌ লৌগী অশেংবা শক্তম তাক্লবা হোৎনৈ।

" য়ারে , চীংগুম তোঙগে তোঙজরসনু ।" নোকফেৎ তৌখিবা অহলনা থৎলকখি, " হৌজিক্তি ইবুংঙোখোয় মদুগীদমক ব্রাবীরুদবা য়ারে ।"

" লৌ শেমদোকপবু য়াররোইদা ।" অহলগী ব্রা লৌশিনফম খঙদনা শাজৌ মখা তায়, " মদু শেম্বদা থাজিনগদবা শেলনা অতোপ্পা লৌ অমা তরু তরু লৈবনা হেন্না ফববনি ।"

" লৌফমদুদা চঙবীরুবনু,থবক মখা পায়খৎপা লেপ্পীরো, ঐ ইবুংঙোখোয়গী খূৎশূমল পীবা ঙমজরোই । ব্রাফমসিনি ঐনা হায়জগে লাকচরিবসি ।"

" করিনো তাকপীবিবসিবু ? ঐ ভাব-মেন অমত্তা তাজদে ।"

মাঙ্গোল কাচিন্দা ফমদুনা ব্রা তারিবা মমা-মচানসু হায়রকখি, " ঐখোয়সু মরোলসি খঙজদ্রে ।"

অহল মঙক খজিক্তুং নোম্লগা শমজিল্লকই, " ও, করিমত্তা

খণ্ডবীরমদ্রিবোইরে ? লৌফমদু ঐহাক্কী ওইখ্রবনি ।”

ইমুংগী মীশিং ইখং খংনবগুম মহৈ মহৈ য়েংনৈ । খণ্ডহৌদনা শাজৌগী খোঞ্জেল ৱাংখৎখি ।

“ করম্না ? করি ৱানো তাকপীরিবসিবু ?”

“ ইবুংঙোখোয়না ঐঙোন্দা শাওবীফম থোক্কে খল্লি । মরমদি ঐহাক ইবুংঙোখোয়গা মমাঙদা নুংঙাইনদবা করিমত্তা লৈখিদে । লৌফমদু ঐগী ওইরমদ্রবসু অতোপ্পা কনাগুম্বা মী অমগী ওইখিগদবা লৈরবনি । অতোপ্পা মীগী খূৎতা চৎখিগদবগী শরুক ঐহাক্না লৌশিল্লগা মতুং তাবদু ইবুংঙোখোয়গা ঙাঙনবদা য়াংনা থোকহন্নিংদুনা হৈনিং হৈনিংদনা, য়াম্নসু পামজদনা লৌজখিবনি ।”

“ করম্না ?” শাজৌ ঙকপনা খোল হেন্না ৱাংখৎলি ।

“ নিলামদনি । সরকারনা নিলাম লাউরকপদা হৈনদবা কয়া থাদোক্কুনা ইবুংঙোখোয়গীদমক য়েংলগা ওকখি।”

নিলামগী ৱাফম তাবদা মমা-মপাদগী খর হেন্না থোইবা ঙকখি । মখোয়গী মথক্তা অৱাবগী লৈচিল অমা শন্দোক্লে ।

“ নিলামদা ?” শাজৌ নুংদা নিক্লি ।

অহল চৎথৈ, “ ইবুংঙোখোয়না লৌফমদু খাজনা থীবীদবসি কুইরমাল্লে । চহী অহুম্বু খাজনা থীদ্রবদি আইনগী মতুং ইন্না নিলাম লাউই হায়বা কাউবীরুরে ।”

শাজৌ অমসুং থাবল্লে খাজনা থিদবা চহী মশীং পাবদা তুমিন তুমিন লৈনৈ । ঙাইহাক খল্লুরগা শাজৌ অশাওবা নমথদুনা থম্বা ঙল্লক্লে।

“ কৈদৌঙৈ নিলাম লাউখ্রিবা ? ওকপীখ্রিবনা করম্বা মতমদা ? নিলাম লাউদ্রিঙৈদা লৌবুদা নোটিশ পীবগী চৎনবীনা করম তৌখ্রবা ?”

“ নোটিশ শোয়দনা পীরমগনিনা ; ইবুংঙোখোয়না কাউবীখিবা নৎত্রগা থৌশাবীখিদবা ওইরমগনিদা ।”

“ করি, তাধনগীসি ?”

“ সে ইবুংঙো, শাওবীদুনা কান্নরোই ; মরম চাদনা সরকারনা পাক-হেক নিলাম লাউবা য়াবা নত্তেদা , অসিদা ঐখোয় খৎন-য়েৎনদুনা কান্নরোই, হায়বীনিংবা খুদিংমক কোর্ত্তা থম্বীররো । ঐহাক্কী ৱাখন্দা মদুসু

কান্নবা ইফংবু ফংলরোইদা । পট্টা রসিদশিংসি য়েংবীয়ু, পূল্লপ ঐহাক্কী মিংদা লৈরে । চহী তরাসি ঐনা খাজনা থীজখ্রবনি ।”

অহলনা পুথোরকপা পট্টা শাজৌনা য়েংবদা মহাক মশাগী মিং মুক অঙাংবনা খেৎলগা শ্রী ওক্রম ফৈজাও সিংহ, পিতা মৃত শ্রী ওক্রম চাওবা সিংহ হায়না ইবা উই । রসিদ পূম্নমক শ্রীওক্রম ফৈজাওগী মিংদনি ।

“ হৌজিক্তি লৌফমসি ইপলগী ওইবীরে, ঐখোয়গী অধিকার লৈত্রবনি, অসিনিনে?” চেশিংদু মুন্না য়েংলম্বা থোইবানা হায় ।

“ অদুনি, মখা তানা নখোয়না মহে মরোং থারবদি লৌশাল পীবীবা তারে।”

“ ইপলনা খঙবীগদবদি, লৌতুনরগা নিলাম লাউবা ওকপগী থবক্তা আইনগী মিৎয়েং লৈফম থোকই ।”

“ চহী কুন হেন্না লৌরুংশঙদা, চৈরাপ্তা বাজে ওইরক্লবা ফৈজাওনি, ঙখা মহাগুম্বা ঙরাংগী অঙাংনা তাক্কদবা নত্তে । অদুগা য়েংবীয়ু, ইবুংঙো শাজৌ, তাইশিন্নবগী ব্রাখন্দা নিলাম ওকখিবনি, য়ানবা অমা খন্নবা ঐহাক লাকপনি । নুংশিনবগী লম্বীদদি ঐহাক তানবা অদুম য়াজৈ, শীংনরবদি ফৈজাওদি য়াগন্দে । ঐনা নিলাম ওক্লিবসি পঙদুনা তৌরিবনি খন্নরমগনি । ফৈজাও পঙদে, ক্ষেতিপুরন চাউনা ফংগদবা লৈ । ময়ামদগী হেন্না য়াম্না ফংনবা মরম পূম্নমক ঐঙোন্দা বাবুশিংনা লোইনবা তাকখ্রবনি ।”

“ হোয় ইপল, ক্ষেতিপুরন কনানা ফংবগে হায়বদু কোন্না অদুম খঙনবা হায়বদুনি ।” থোইবা নহা ওইবগী হৌনবী অশাওবা উৎতবা ঙমখিদে ।

ফৈজাও চৎখ্রে, ইমুংগী মী পূম্নমক চাক লাম্বা ফাওনখিদ্রে ।

“ ঐদি মতমদুদা খাজনা থীদোকসি কন্না হায়জবনি ।” থাবল্লে থম্মোয় প্রোক প্রোক চাক্লা শোল্লি ।

“ শেলবু লৈখিব্রনে ? ঙাঙবদি হৈহে সৈত্য ।” শাজৌনা চৈহৎলি।“ লাল্লক্তুদা কনা কনাদি ˜ জনা থীনখি?”

“ অদুগা মখোয়গীনা করিগী লাউদ্রিবা?” থাবল্লে শোয়খিদে হায়নিংদ্রি ।

" হোয় হোয় ইবেম্মা, ঐসি ইথৌ মশক খঙদবা, পাঙথোক চান্বা কান্নদ্রবা মীনি ।"

" অরানবসি ঐখোয়গী শরুক্কি, কনাদসু থঙজিনফম থোক্তে ।" মমা-মপাগী শাগৎনবা ফাথবা হোৎনবদা থোইবা মরক থৎলকই, "অদুবু, লৌতুনবা অমদি য়াওরি । কান্নরোই, হুরান মতুং মৈরিংবনা । হৌজিক্তি তৌগদবসি করিনো তপ্পা খন্নরসি । ক্ষেতিপুরন ফংগদবা লৌফম্নি খঙবদগী হুরানবশিংদুনা লৌতুনখ্রবনি, কেশসু অরায়বা ওইরোই । অদুবু অচুম-অরান অমখক্তংদি অকোকপদা য়েংনবনা চুম্মি ।"

" অঙম্বগা খৎনগনু হায়বা লৈবনি ।" থাবল্লে কপ্লম্মী , " ঐখোয়গী ইতিক-ইপা নৎত্রে ।"

নুংশা য়াকখৎলক্লবা মতমদুদা শাজৌ খুদৈ অমা লেংবান্দা য়াল্লগা থোঙ্গাল্লোমদা থোকখি । থাবল্লে কাংখল মনুংদা লৈখ্রে । থোইবাদি হৈনিংবা য়াওদনা চাক থাংদোক্লুই ।

শাজৌগা ফৈজাওগগী কেশ লৌরুংশঙদগী হৌখি । মতম শাংনা কেশ থেংনবদা মৈশা লাংলবা মমা-মপানা থোইবাগী লাইরিক মখা তমথহনবগী ব্রাখল থাদোকখ্রে । মখোয়বু লৌ চঙবা কোর্তনা থিংলকপদা ব্রাবগী চাং অমুক হেনগৎখি । উকিলগী পৈশা পীনবা অমসুং ইম্ফাল ভারা লাঙবদা মখোয় তমুবীগী খরচ হুনবা ঙমশিল্লক্ত্রে । অঙাংদু ক্লাস নিপানশুবা তমখৎলকপগা তোকপদা তারে । তমুবী ময়ূমদা হল্লকপদা নুমিৎ খরনিদি পোত্থাফম খঙদনা কপ্লম্মী । মখা তমথবা ঙমদ্রবা থোইবা থবক থিবগী হৈনিংবসু মাঙশিল্লক্লে । কেরানীগী ইন্টরবিয়ু অমা য়াওরুই, লূপা চনী পীজবা ঙমখিদবদগী খল্লকখিদ্রে । মহাক্না লাইরিক তম্মিন্নরকপা, ক্লাস হঞ্জিলহৌবা কয়াসু সরকারগী ওজা ওইদুনা তংদা লৈতানা হিংনখ্রে । থোইবাদি মদুসু ফংদবনা মীরেম ওইরে। মহাক মমা-মপাগী মতেং পাংনবা চীংদা শীং য়ানবা নৎত্রগা ই ফানবা তোয়না চৎলম্মী। মরক অমদি থোইবা লৈকাইগা নৌনা লিংখৎপা স্কুল অমদা ওজা ওইবা য়াওরুই। তলব ফংদবা থবক্তুদা খাঙবা ঙম্লক্তে ; মপান থোক্লা থবক থিরগে খল্লক্লে। কেশকী পৈসা পুনবা হোৎনবদা থোইবা মচনগা মীগী পৃথ্রী তৌবগী থবক শূবা তারম্মী ।

লৌরুংশঙদা নিপাল্লকশুবা ওইনা কেশ লেপ্নবদা ফৈজাওনা

ঙমখ্রে। মুনসিফতা নত্রগা ডিঃসিঃদা অমুক চত্থনবা উকিলনা হায়রকই। য়ামদ্রবদা লুপা চামা থৌরাং তৌদবা য়ারোইদৌরি । ইম্ফালদগী মায়থোং মক্লা হল্লকপা শাজৌ থাবল্লেগা খন্নবা নত্তনা করি উপায় লৈরি । মহাক থাবল্লেগী মপাম নিংশিংঙি, তোমালবু কাউদে, হায়দোকপদি ঙমখিদে । মখোয় অনী শেল পূবা কোয়চেন চেল্লি ।

উপায় লৈরক্লবদা অহলশিংনা থম্বীরম্বা হাও-পুখম অনী, খুজাই অমা অমসুং অচৌবা চাইশেল অমা মথং মথং হারুরে । শাজৌনা তৃম্নবা কাংথোল লুপা কুনমঙাদা য়োল্লে । থাবল্লেগী শম্বান্দোং অনীসু হাখিবনি। ময়ামদগী খোমজিনবা লুপা চামা তরা পুদুনা শাজৌ ইম্ফালদা হায়গৎলকখি ।

মুনসিফতা কেশ অহানবা থেংনবা নুমিৎতা লেপ্পদনা য়িথোকখি । মথং তারিকতা শাজৌ ঈশ্বর থাগোন্নজে, স্বর পূংফম য়েংদুনা ইম্ফাল হাইগৎলম্মী । মহাক কোর্ত মনুংদা লৈতানা ফম্বা ঙমদে । মরোল খঙদ্রবসু উকিলনা ঙাঙবা মুন্না তায়, মখোয়না তৌবা থবক মুন্না য়েংঙি । কেশ লোইশিন্দনা তারিক অমুক য়িথোক্লে । মদুদা মহাক্কী উকিলনা চাউনা চাউনা হায়খি, " মখোয় পাটিগী উকিলসিনা লোবু সুকঙাঙ ঙাঙদেনে । ঐনা হায়বসি খঙদবনা কেশ মঙম চৎত্রে । জজনা মরোল অমা জ্ঞান তাদ্রিবা, মমিৎতা খুদোম্বীনা থিল্লগা তাক্লবা ফাওবা করিমত্তা খঙখিদ্রবা ।"

শাজৌ ময়ূম হল্লকপদা মহাক্কী উকিলগী ৱাঙাঙ ইন্না মায় পাকপগী আশা থাবল্লেদা উৎলৈ ।

" শেল খর তিংখো হায়বা লৈরি । ঐখোয়গী উকিল হেলা য়াবা নত্তে, শোয়দনা মায় পাক্কনি ।" শাজৌ মচাশিংবুসু ফাথে ।

কেশ তারিক ৱানা ঙাইনৈ । মরকসিদা থবক থিরুগনি হায়রম্লগা ইম্ফাল চৎখিবা থোইবা হল্লক্তবা থা অমা হেল্লক্লে । নুংশা থীরকপদগী শাজৌ মচা থিবদা অচৌবা থবক অমা ওইরে ; মহাক্কী মরুপ-মপাং কয়াদগী পাউ লৌবা লেপ্তে । নোংমা ইম্ফালদগী হল্লকপা থোইবাগী মরুপ অমনা পাউ অমা তন্নখি ।

" নুমিৎ তরানিমুক্কী মমাঙদা ঐ থোইবাগা ইম্ফাল মপাল কাঙজৈবূংদা ফম্মিন্নে । মহাক থবক কন্না থিরি হায়না ৱারী তৌরম্মী।

নুংঙাইবা পাউগা লোয়ননা যূমদা হল্লগে খল্লিসু হায়রম্বনি । মহাক্কী মরমদা থোইনা নুংশা থীরুনিঙাই লৈতে । থোইবা অপঙবা, অঙাওবা নত্তে ।”

থাজবা মরুপকী ব্রাঙাঙসিনা নুংনাংবা খর ফাথরবসু মমা-মপা লৈতাদ্রি। মবুংনা থবক পুদুনা হল্লকপা নুমিৎ অদুতনি তমুবীনা খৌরাংনা ঙাইজখিবা । মমা-মপাসু মদুগী মরমদা নুতিগী মঙ তম্মে ।

থা অনীগী তুংদা মুনসিফতা অহুল্লকশুবা তারিক থোক্কুনা কেশ লেপ্লে । শাজৌগী উকিল চরোয় শেম্বাংগুম লোল্লি । লো লাইরিক কয়া পুথোক্লম্মী । মায়োক্লবা উকিলগা হুমাং তানা লাউনৈ । অদুবু জজগী রায়দি ফৈজাওগী মীচংদা তাখ্রে । কোর্ত মনুংগী ফাল অমদা শাজৌ মথন্তা ফমহৌরে খঙজদে । ঈহৌরকপা পি থিংদুনা লুকথরিবা মঙোন্দা হায়ফেৎ য়েংলম্লগা মহাক্কী উকিল থোকখ্রে ।

শাজৌ মখূৎ হাম্লে, মরোন-মরান তাক্লবনি । কোর্ত অনীদা ফৈজাওনা ঙমখ্রবদা হিঙ্গৎপগী আশা শাম্লে । থাবল্লেদা পাউ তম্ফম খঙদবনা থয়াইননা থল্লি । মহাক্ নোংমা তৌফম খঙলক্ত্রবদা উকিলগী ময়ূমদা চৎলম্মী ।

“ ইবুংঙো উকিল, করি উপায় লৈরি ?”

“ তাধন, ঐ ফনা কন্না হোৎনজবনি, পাঙ্গল থোক্তবা মরম খর লৈখিবসিদা ঐ য়াম্না নুংঙাইজদ্রে ।”

“ ফৈজাওনা ঙমখিবদা মতারব্রা ?”

“ লাইবক য়েংবা য়াবা অমখক্তি লৈরি, সিঃ সিঃদা এপিল চৎপা। রায় কোপী তাম্হোক্লবা লূপা কুন্থ্রাখক্তুং থম্বীরম্মু ।”

“ অদুদি ইবুংঙো উকিল, ঙসিদি পৈসা অমত্তা য়াওজরক্ত্রে, কোন্না অমুক লাকচরগে ।”

“ তাধন, কুইনা পন্থবদি য়ারোইকো ।”

উপায় লৈরক্ত্রবদা থাবল্লে থম্মোয় পুঙল্লোই খঙলবসু তাক্তবা য়াখিদ্রে । চরা কয়া চাখিদ্রবী থাবল্লে মপুরোইবগা ব্রা তানবা লেপ্তে । মখোয় অনীগী উপায় খল্লক্লবগুম্লে, মরক মরক চাক থোংলক্ত্রবনি । কুমহৈ ফিহোং নুমিৎশিংদা মচা লৈশাবী মপান থোকচদ্রে । য়াচংবা মতম ওইরক্লে, কেরোসিন লৈতবনা পোদোন চুখৎতনা লৈরি। উচান মৈরাগী মঙান্দা

তুমিন-তুমিন ঙাইহাক ফম্নরম্নগা মখোয় অরাম্বা খাঙবদা হিপফম ঙন্তা চঙনরম্মী। মমা-মপা অনীদি লাইমন্না পুক থনগৎখ্রবসু তমুবীদি অরাম খৌরাংবনা তূমহন্দনা থম্লি । মহাক মবুংবু ব্রারৌরকখি, মখোয়গী মতেংগীদমক চোংথোরকপা মতম ওইরে । ইমুংগীদমক করিসু খন্দ্রবা মাম্লি। অমম্বনা অথেঙবা অহিংগী শক্লোন ওইহল্লবা চীক্লবা মতমদুদা শাজৌনা শোন্দবা ঙমখিদে ।

" ইচাগী মপান চারকখিনি ব্রাখন্দা থিনগৎখিবা ফৌ, মহাজন্দগী পূরগা হুনখিবা শেল, ব্রাখিবা পাঙ্গল, মদুগী মহৈরা অসিবু ?"

মপান্দগী থোঙ থীল্লকপগী মখোন্দা ইমুংগী মীশিং তুমিন তুমিন না থাঙ্গৎতুনা তানৈ ।

" বাজী, কনানো অমা কৌরি ।" তমুবীনা হায় ।

" নঙগী তাচৌরা ?" থাবল্লে ইফিং ফিংনা হৌগৎলম্মী ।

শাজৌ ফুঙ্গা মৈ কামখৎতুনা উচান চুখৎলে। থোঙ হাংলুবদা কোয়েৎ য়েৎপা অহল অমা অঙ্গৈংবা খাঙদুনা থোঙজিন্দা লেপ্লম্মী ।

"ঙসি অহিংসিমত্তং থুংজগে চঙজরকপনি। য়াম্না ঙন্না পোৎথানবীরম্লে ।" শকখঙদবা অহলদুনা হায়রকখি ।

" লেঙশিনবীরকউ ।" শাজৌ তরাম্না কৌশিল্লবসু ইমুংগী ফিভম খল্লগা নুংঙাইজদে । " অঙাংশা হৌগৎলকখো ।"

অমুবা মৈখুনা কৃপ্তুনা চাকপা উচান মৈরাগী মঙান্দা য়ুম্বু নুপীনা ফক থাবা উদুনা অহল ফমথরকই । থাবল্লে কপ্লাক নিকখিবগুম তৌই, মরমদি চেঙ মুঠি অমা ফাওবা চেঙফুদা তাদে । অহিং অসিদা কদাইদগীনো হংলুগদবা, পূরুফম লৈরম্লবদি মচা লৈশাবী চরা হেল্লম্লোই । মনীংথোঙ ময়াদা মতৈ মনাও লোন্না ঙাঙনখিবদু অহলনা খঙদোকখ্রে ।

" ঐগীদমক চাক-ঈশিংগী থৌরাঙ তৌবীরুরনু, ব্রত লৌজরি ।"

অতিথি অহলগী ব্রাহৈনা পোৎলূম থাংথখ্রবদা থাবল্লে খুদেংগা লোয়ননা ঈশিং পুশিল্লক্তুনা অকংবা ফি অমগা থল্লে।

" তাদ, মমাঙ কাসিদা পোৎথাবীসি, ইচা নুপাগী ফমুংনি ।"

" মহাক্তি ?" অহল মৈশা ফংনবা ফুঙ্গারোমদা নকশিল্লি ।

" হৌজিক য়ূমদা লৈতে, কুইরে হল্লক্তবা ।"

" করি লমদনো চৎখ্রিবা ?"

মমা-মপা পাক হেক খুম্বা ঙমদে । অদুবু অহলগী খঙনিংবা উবদগী শাজৌনা তপ্লা অশেংবা হায়নবা হোৎনৈ ।

" ইম্ফালদা থবক থিবা চৎখিবদগী হল্লক্তবা থা অমা হেল্লে ।"

" ও, থবক থিখিবা, লাইরিক্তি কয়া য়াম্না তমখ্রবগে ।"

" হন্দক মেত্রিক পরীক্ষা ঙমখ্রে, তাধন ।"

অহল ঙক্তুক য়েংলকই। চরা হেল্লিবা, উচান মৈরানা অহিংগী অমম্বা কোকহন্নবা উপায় ওইরিবা, যুম্বুরেম্বীনা লৈবাক্তা চরূ থাদুনা তূম্লিবা ইমুংসিদা মেত্রিক পাস! খুঙ্গংসিদা অসুক য়াম্না লাইরবা ইমুং অমা লৈরমগনি হায়বা মহাক থাজরমদ্রিবনি, ৱারীদা থৱায় য়াওবা হেনগৎলকখি।

" অঙাংদু শেলদি লোয়নখিব্রা ? " অতিথিগী খোনফম অপেনবা য়াওরি ।

" লূপা অমা ফাওবা পীনবা লৈজদে । মাদি লাইরিক মখা য়াম্না তমথজনিংবনি, ইমুংগী লৈতবসি উবদগী থবক থিবদা তারবনি ।"

অসুম ৱারী শারকপনা অহলগী খঙনিংবা মতাং য়ৌরকখ্রে ; করি দষা লাংফমদগী ইমুং অসিনা অসুক য়াম্না লাইরখ্রিবনো । চরা তোয়না হেল্লে, অৱাবা মৈশা য়াম্না খাঙলে হায়বা মখোয়গী ফিভম, শকফম্না তাকখ্রবনি । অহলগী চম্না ঙাঙবা, থৌজান হৈবা অমসুং থম্মোয় শেংবা মতৌ-উরগা শাজৌ ৱা অমত্তা থুপ্তুনা থম্লিংখিদে । মখোয়না থেংনরিবা অমদি খাঙলকখিবা অৱাবা পূম্নমক তম্লে । লাঞ্জাওদা লৌ মাঙখিবা , নিলাম চৎখিবা, কেশ থেংনবা,মচা অনী লাইরিক তমহন্নবা হোৎনবদা পূশিল্লুবা শেন্দোনগী পোৎলূম, চিংথবা লৈতনা শাজৌনা মতম চঙনা লীরম্মী । ৱাফম পূম্নমক্তগী অহলনা খর হেন্না পুক্লিং চঙখিবসি লৌ নিলাম চৎখিবসিনি ।

" লৌফমদুবু কয়া য়াম্না চাউবগে ?"

" পরী অনী মরাক্লি ।"

" করম্বা চহীদগী, কয়া কুইনা খাজনা থীবীখিদ্রবা ?"

" লাল লাকখিবা চহীদুদগী অদুম থীখিদ্রবনি ।"

" করম্বা চহীদনো নিলাম লাউখ্রিবনা ?"

" লাল লোইবা চহীদা ওইরমাল্লে ।"

" হায়বদি চহী মঙা-তরুক খাজনা থীখিদবদগী থোকখিবা ৱানিনে ?"

" হোয় তাধন, মতমদু লাল মনুং ওইখিবা, অদুগী মথক্তা লৌফমদু এরোপ্লেন থম্ফম শেমদুনা য়াম্না তোঙনা থোল্লগা কয়লাস থাজিনখ্রবনি। মাঙখ্রবা লৌফম্নি খল্লগসু খর থৌশাখিদ্রে ।"

" ঙাইখো , খাজনা থীদোকউ নৎত্রবদি নিলাম লাউগনি হায়বা চে -নোটিশকাদি পীরম্বা লৈখিব্রা ? "

" করিমত্তা পীরমখিদে, তাধন।"

" মুন্না নিংশিংবীয়ু , কাউবী লাকপীখিবা ।"

" শ্রীগোবিন্দগী ফাঙ্খোঙ পায়দুনা ৱাশকপা ঙমজগনি, পীরমদবা অশেংবনি ।"

" নিলাম ওকপা নুপাদুদি কনানো ? মমিং করি কৌবগে ?"

" ওক্রম ফৈজাও ।"

" ফৈজাও ?" অমম্বদা অহল খোঞ্জেল থোক্লা নোক্লকখি । " লূপা কয়াদনো ওকখ্রিবা ?"

" অদুদি খঙজদ্রে ।"

" লাল লোইখ্রবা মতুংদদি খাজনা থীবা চৎপীরুব্রা ?"

" চৎচরুদ্রে ।"

" করিগীনো ?"

" মমাঙদা পঞ্জখিবদুনি, লৌফমদু মাঙখ্রবা, খাজনা থীরুবগী কান্নবা লৈররোই খঞ্জখিবা ।"

" অদুগা লৌগীদমক কেশ শোক্লবীরিবদি করিগী ?"

" মরম অমা লৈ তাধন, মাঙখ্রবা লৌফমদুগীদমক ক্ষেতিপুরন ফংগদৌরি ।"

" শম্না হায়রবদা ক্ষেতিপুরন মুন্নবগী কেশ ওইরে ।"

" তাধন, অদুম্না হায়বীবসু য়ারবনি ।"

" ফংগদবা শেলফমদি খঙবীরব্রা ?"

" খঙজদে, কনাদসু তাকথোক্কে হায়নৈ ।"

" ক্ষেতিপুবন লেপ্পগী মওংদি খঙবীব্রা ?"

" অদুসু খঙজদে । ৱানোম্বশিংদা শেল যাম্না পীবশিংনা খর হেন্না ফংগনিদি হায়নৈ । ঐখোয়দি যাম্না পীবা ঙমর্জখিদে, চাউরমগনি থাজদে।"

" করিগী চাউরোই," অহলগী পুক্লিং লৃশ্মি, "ক্ষেতিপুরন য়ামগনি।"

" তাদ, কয়ামুক্তি ফংবা য়াবগে ?" থাবল্লেগী খঙনিংবা চাউখৎলকই ।

" অশেংবদি ঐসু খঙলুবা নৎত্রি, অদুম ওইনমক শেলফমদু মচা নৎত্রে হায়বসিমদি য়াবীবো, ইমুং অমা হৌবা য়ারবা । মবমদি মখোয়না পাগদবসি, লৌফমদু হৌজিক যোনবদা শিংকদবা মমল, চহী তবেং-নিপালগী অপূনবা ফৌথোক্কী মমল, অনীসি তিনশিন্নবগা তাবকপা শেলফমদু ওইফম থোকই । শম্না হায়রবদা হৌজিক হৌজিক লৌ পরী মঙা-তরুক লৈ যা কোন্ননবা ক্ষেতিপুরন ফংফম থোকই ।"

শাজৌ অমসুং থাবল্লে তুমিন লৈ । অদুক যাম্না ফংলক্কনি হায়বা কবিগুশ্বদা খন্থরুদে । ৱানোম্বশিংনসু অসুম্না ময়েক শেংনা অমুক্তসু তাকপীখিদ্রি । মখোয় অনীমক থম্মোয়নুংদা নিক নিক লাউজখি ; মরু লুক্না ৱাখল তৌরম্মী । নোংজু থাগী লৈচিল মবক্তগী হাইদোক্লকপা থাজগী মঙাল খুদক্তা অমুক মাঙখিবগুম মখোয় অনীগী নুংঙাইবা অৱাবনা কৃপশিনখিবা অহলনা উরম্মী ।

" কেশতি কদাই য়ৌখ্রে ?" অহল মখা খঙনিংলি ।

" ইকোন কোনবদু মুনসিকতা লেপ্লবনি, মখোয়না ঙমখ্রে । ঐখোয় ক্ষেতিপুরন ফংলরোই ।"

" সোমগী উকিলদি কনানো ?"

" শৌগাইজম বীজয়নি ।"

" মখোয়গীদি ?"

" মমিংদি খঙজদে, য়াম্না ফৈ হায়নৈ ।"

" উকিল শিন্দোকসি , কেশ ঙমদবা য়াদে । শেল খক্তা উবা উকিল ময়াম অমা থোরকপসিনা লৈবাকসি নোংমদি ওলাংগদৌরিদা ।" অহল

অৱাবগী স্বর শাংনা হোল্লি , " কেশ ঙম্বা লম্বী ঐনা তাকচগনি, শেল থৌরাঙ তৌবীয়ু ।"

" তাধন, পৈসাগী ৱাফমসিনি লুজরিবা ।"

" লূবা য়াদে , ৱা থোক্লবদি শেলসু থোকহনসি ।"

যৃম্বু মতৈ-মনাও থৌনা হাপ্পা অহলগী ৱাঙাঙদা পুক্লিং চঙঙি। অহলগী মখা ৱাহৈশিং ঙাইঙমদনা শাজৌ কপ্পিং কপ্পিং হায়রকখি ," তাধন, কেশ মখা হিঙ্গৎহন্নবগী উপায়দু অমুক্তদি তাকপীয়ু ।"

অহল স্বর শাংনা হোন্দুনা থাবল্লেদা য়েংলস্মী।

" অঙাংশিংগী ইনবা চে মচেৎ অমত্তং পীবীয়ু, লাইরিক অমগা, ইবদা মখা থানবনি।"

" ইবেম্মা, নুপীমচা," থাবল্লেনা কৌরম্মী । " তারব্রা ইপলনা হায়রিবসি ।"

অহৌবদগী তারস্বী তমুবী ফমুংদগী কূমথরক্লে । লেখা বোই অমগা কলমগা পীরৈ ।

" নোংঙান্দ্রিঙৈদা ঐ চৎখ্রগদবনি , হৌজিক ইথোক্লসি ।" অহল ঙাইহাক ৱাখল তৌরগা হায়, " মৈসিদি ওন্থোক্লা মমখ্রেদা , মিংনা ফৎত্রবগা । লৈশবীসিদি কয়া য়াম্লা তমখ্রে, ইবা হৈরমগনি ?"

" হৈবনি তাধন, ক্লাস সেবেন ঙমজখ্রবনি, মরোলদু হায়বীয়ু ।"

" এ, ফরেদা। সে ইবেম্মা, ইপা হায়গে, চিঠি ইবগী মওংনিকো।"

তমুবী ইকাই ইকাইনা অহলগী নাক্তা ফম্লগা কলম পায়দুনা ইনবা থৌরাঙদা লৈ। অহল হায়বা হৌই।

তাইবুংঙো,

চিঠি পুরক্লিবা ককচিংগী মরুপসি য়াম্লা ৱাজরবা মীশক্লি । লাল্লক্তা হিংফম থিরিঙৈদা মহাক্কী লৈজবা লৌফমগী খাজনা থীবা ঙমজহৌদ্রে । লৌফমদুমক্তিং লানগী এরোপ্লেন থম্ফম হেঙ্গর ওইনবা কয়লাস থাজিনখিবদগী মাঙখ্রবনি। চহী তরারোমসি লৌ উরক্তবনা মহাক হায়নিঙাই লৈতনা লাইরনবা মরম ওইখি । লাল লোইরকপদা মণিপুর সরকারনা লৌফমদু নিলাম লাউথোকখ্রে । নিলাম ওকপা ওক্রম ফৈজাওগা মহাক্কা কেশ থেংনরে । লৌরুংশঙ অমদি মুনসিফতা ফৈজাওনা ঙমথোকখ্রবনি ।

হৌজিক সিঃ সিঃদা এপিল চৎকদবনি । কয়লাস থাখ্রবা লৌফম অমা মুন্নরিবসিগী মরমদি ক্ষেতিপুরন্নি । মখা চৎথগদবা কেশ অসি পায়বীনবা উকিল অমত্তং তাইবুংঙোনা হায়নবীয়ু। কোর্ত্তা চঙফম থোকপা শেল নত্তনা উকিলদা পীনবদি নৈজদ্রবা মীশক্কি , কেশ থেংনবা কুইরকলবনিনা কোল্লবা। কেশ ঙমহনবীদবা য়ারোই । লৌবুদা মাঙজৌননা নোটিশ পীদনা লাউখিবা নিলাম্নি । অসুম্না মী খরনা লৌতুনবগী থবকসি লৌরুংশঙদা তোয়না থোক্লে হায়বসি মমাঙদা ঐনা পঞ্জখিবদুনি । লৌবুদা নোটিশ পীদনা নিলাম লাউবা য়াদে হায়বা দরবারগী ৱারেপ লৈখিব্রা খঙে । মরম অদুনা নুপা অসিগী লৌগী নিলাম আইনগী ৱাংমদনি ।

মরাইবক থীরবা মরুপ অসিগী মতেং পাংবীবগীদমক তৌবীমল খঙবা উৎচরি । ইতি

অহলনা চিঠিগী মখাদা পাবা থোক্তবা ময়েক্লা সহি তৌরগা চেকশিন্না থুপচিন্দুনা শাজৌদা শিন্নরম্মী ।

" হয়েং নোংঙানবগা ইম্ফাল চৎপীয়ু, কংগ্রেস ওফিস থিবীয়ু। মফমদুদা মী ময়াম নুংথিন্দা পূনগনি । মিটিং অদুদা মেম্বর অমা য়াওগদবনি, হংবীয়ু। মহাক্কী খৃৎতা চিঠিসি পীবীবগা লোয়ননা নোঞ্জবীয়ু । মহাক্লা হায়রকপা, তাক্লকপা মতুং ইন্না থবক চৎথবীবা তারে ।"

" কনানা পীরকপা চিঠিনো হংলক্লবদি করি হায়না খুমজগনি ? তাধনগী মিং অমদি শক তাকপীবদা অকায়বা ওইরগদ্রা ?"

" ঐগী সহি ফজনা খঙবীবনি, মখা হংলক্লোই । মেম্বরদু নত্তনা কনাবুসু চিঠিসি উহনবীগনু , খর চেকশিনবীবা তারে ।"

" তাধনবু ।"

" ফরে, অদুদি ঐখোয় পোত্থানরসি ।"

অহল মমাঙ কাগী ফমুংদা চঙখিবগা ইমুংগী মীশিংসু হিপ্লরে। অহিংদু শাজৌ য়াম্না কুইনা তূম্বা য়াখিদে।

নোংঙাল্লমদাইদা অতিথি অহলনা য়ূম্বু হৌদোরকখি, " ইনাওখোয়, ঐ চৎচরগে ।"

" তাধন, ঙন্না লেঙখৎপীরে ?" শাজৌ ফিংনা হৌগৎলকই।

" ঐনা হায়জখিবশিংদু কাউবীগনু , শোয়দনা মঙ্গল ওইবীগনি ।"

অহলদুবু থিন্দোক্লনবা শাজৌ মপান থোরকপদা মশক উখিদ্রে । মহাক পূমঙক ঙকখি ।

শাজৌ অয়ুক ঙন্তা ঈরু-মায়থজবা লোইরে, চিঠি পুদুনা ইম্ফালগীদমক থোরকখি ।

ইম্ফাল য়ৌবগা শাজৌনা কংগ্রেস ওফিস থিরুবদা য়াম্না লায়না ফংলম্মী । ওফিসকী মপান্দা লেপ্লম্বা মী খরদা শাজৌনা হংলুবদা মেম্বর য়াম্না থুনা লাক্লগনি তাক্লকখি । হায়নরিঙৈদা কংগ্রেস টুপী উপ্পা অহল অনী চঙলকই, অমদি কুচু পাল্লি, অমদুনা খজিক্তুং লৈথে । শাজৌনা হংলুবা নুপা অদুনা তাক্লক্লম্মী, " খর ৱাংবসি মেম্বরনি, অমসিনা কংগ্রেস প্রসিডেন্টনি ।"

মখোয় অনীনা ওফিস মনুংগী চৌকিদা ফমথখিবগা শাজৌ চেনশিন্দুনা দণ্ডবৎ তৌরুই, হৌগৎলকপদা মপি তৈথোকই ; থম্মোয়গী ঈথিল ফারগা মেম্বরগী খূৎতা চিঠি লানশিল্লি । প্রসিডেন্ট ঙকপনা হেনখিবনা খোঞ্জেল হৌই ।

" কৈদৌরে নুপা ?"

শাজৌ ৱা ঙাঙথোকপা ঙমদে ।

" হায়য়ুনে, য়ূম মৈ থারুরব্রা ? মী হাৎলুরব্রা ?" প্রসিডেন্ট হেন্না ঙক্না য়েংলি ।

" ননাই ঐবু নুংশিবীয়ু ।" শাজৌ মখা হেন্না তাবা ঙমদ্রি ।

মেম্বরনা চিঠিগী সহি য়েংলগা খৌদেমদুনা প্রসিডেন্টতা পুক্লিং চংবা উৎলম্মী ; পাবা লোইবগা চিঠি ফুরিৎখাউদা হাপখ্রে ।

" লাল মনুংদা নহাক মফম কদাইদা লৈ ?" মেম্বরনা হংলকখি।

" ননাই ঐ খুন্দা অদুম লৈজৈ ।"

" লাঞ্জেনবা য়াওদব্রা? "

" য়ূম থাদোক্লগা অতোপ্পা লৈকাই অমদা চেঞ্জৈ,খুন্দি লান্দে।"

" খাজনা করিগী থীখিদে ?"

" লাল্লক্তা হিংফম থিরিঙৈ, চৎথোক চৎশিনসু খুদোং চাদবা, অদুগী মথক্তা লৌসু উজখিদবা ।"

" লৌ উহনখিদ্রবদি খাজনা কোক্লেদনা।" প্রসিডেন্ট য়াওশিল্লকই।

মেম্বরগী খঙনিংবা লোইদ্রি ।

" খাজনা থীদোক্ত্রবদি নিলাম লাউখ্রগনি হায়বা পিয়োন্না চে পীরবদি লৈখিব্রা ?"

" করিমত্তা পীরদে ।"

" শেংনদি হায়য়ু ।"

" ননাই ঐ ঈরুপচরবসু য়াই, গোবিন্দ পন্দুনা ব্রাশকচরি ।"

মেম্বর চে মচেৎ অমা লৌরগা মরোল খর ইবদা পুক্লিং চঙভি। ইরবা চে পায়রগা মপাল্লেমদা কৌরম্মী ।

" তোম্বা, অমুক্তা লাও ।"

" খুড়াইবুংঙো, করি তাকপীগদবা ?" তোম্বা চঙলক্তুনা লেপ্লে ।

" নরজীৎ উকিলদা চেসি পীরু ।"

" অদুবু , হৌজিক মহাক কদাইদা ..... ?"

" কোর্ত্তা থীরু, অমদা নৎত্রবসু অমদা শোয়দনা লৈরমগনি।"

তোম্বা চংখিবগা মেম্বরনা শাজৌদা মঙক ইল্লকখি, মপান্দা ঙাইহাক লৈরুখো হায়বনি ।

শাজৌ মপান্দা ফম্লুই, লৈতাদে । উকিলনা করি হায়রগদৌরি খল্লুবদা হুমাং কারি ।

পূংখায় অমরোমগী তুংদা তোম্বাগী তুং ওইরপ মশা নানবা, অমুবা কোৎ লিৎপা নহা অমা একাগাড়ী তোংদুনা লাক্লম্মী । মহাক ওফিস মনুংদা পন্দনা চঙখিবগা তোম্বানা শাজৌবু কৌশিল্লকখি ।

শাজৌনা থোঙজিন্দগী কানশিনবগা কংগ্রেস প্রসিডেন্টনা ব্রা হায়বা তায় ।

" ইবুংঙো নরজীৎ, লৌমীশিংগী থবক্তি পুক্লিং চঙনা তৌবীয়ু । মখোয়সি শেল পীবা ঙমজবসু নত্তে । ঐখোয়গী দলনা খ্বাইদগী নুংশিবা মিৎয়েং থমগদবসি লৌমীশিংদনি ।"

" নরজীৎ ইবুংঙো, ঐনা নহাকপু কৌবসি নুপা অসিগী কেশকী মরীদনি ।" মেম্বরনা মখা শমথৈ, " লৌবুদা নোটিশ পীদনা নিলাম লাউবগী কেশনি । কোর্ত অনীদা মহাক মায়থীরক্লে । হৌজিক সিঃ সিঃদা এপিল চৎকদবনি । মমাঙ তাখিবা রায়শিং অদুবু কোর্ত অসিনসু থৌওইদবা ঙল্লোই,

মরম অদুনা হৈ-শিংনা হোৎনসি । অদু হায়দুনসু নহাক চিংনবা য়াদে ; নহাক্কী পাঙ্গল ওইনবা ঐহাক্না আইনগী চে-চাং খর পীগে, কেশসি ঙমদবা য়াদে। নুপাসি শেলদি কোক্লবনি, কেকশ থেংনরকপা কুইরবগী হৌনবী। নঙোন্দা লাক্লিবসি মাইবনা খৃৎথারবা অনাবনি, কন্দবদি য়াদ্রবা ।”

মেম্বর শাজৌদা য়েংলকই ।

“ হান্নগী চে-চাং, রায় কোপীশিং ইবুংঙো উকিলসিদা শিন্নরো, অদুগা, হৌজিক শেলদি কয়া য়াওরকই ?”

“ ননাই করিমত্তা পুজরক্তে ।” শাজৌ মমায় ঙাংখি ।

“ ফরে , য়াম্না থুনা লূপা চহুম পুরক্লবা তৌ, য়ারেকো ?”

“ কৃপানি, হোৎনজগে ।”

শাজৌ মখা শাংথরমদ্রে, থোরক্লে । গাড়ী মনুংদা লুপা চহুমগী ৱাখল তৌবদা মাইল কুন্থ্রাগী লম্বী লাকখিফম খঙহৌদে ।

যূম য়ৌরকপদা শাজৌনা ৱারোল পূম্নমক য়াম্না ৱানা ঙাইরম্বী থাবল্লেদা তল্লে । মখোয় অনী লুপা চহুম থোকফম খন্নে, লোইশিনবা ঙমদে । তমুবীনা ৱাফম অমা হৌদোরকই,অহানবা তাবদা মমা-মপা থম্মোয় পুঙমদনা ৱায়। যূম-ইশ্মোল য়োন্থোকপগী ৱাফমদু পলহৈরোইদবগুম খল্লম্মী । অদুবু মমৈথংদদি অঙাংনা হৌদোরকপা ৱাফমদা তারে, লৈবীনবা মী থিবা হৌরে ।

শাজৌগী যূম ইশ্মোল হাবগুম লুপা চামঙাদা য়োল্লম্মী । থা অহুমগী মনুংদা মখোয় হেংদোকখিবসু য়ানরম্মী , মফমদি খঙনদ্রি ।

ফং ফং শাবা লূপা চনীয়াঙ্খে শিংদোকখ্রগা শাজৌ অরেম্বা তঙ্খাইদু উকিলদা পীরুরে । নরজীৎনা মঙোন্দা লূপা য়াঙ্খে হল্লকখি । নুমিৎ তরানিগী তুংদা সিঃ সিঃদা কেশ শোয়দনা পুখৎকনি হায়বা পাউ পুদুনা মহাক মযূমদা হল্লক্লম্মী ।

কেশ লেপ্পগদবা নুমিৎতু শাজৌ মথায় য়াম্না ৱানা কোর্ত্তা লাকখি । মহাক্কী কেশনা ইহান হান্না পায়খৎকদবা ওইরল্লে । কোর্ত মনুংদা তুং ইথং থংনা থাবা ফাল অমদা মহাক ফম্লি, মিহুল কন্না হুল্লি । শ্রী ওক্রম ফৈজাও মহাক্কী উকিলগা লোয়ননা ফক্লাংময়া নক্লা মায়থোং মকা লাম্না ৱারী শানরি ।

জজ চঙলকপগা নরজীৎ মাঙদা কাখৎতুনা কেশ হৌখ্রে। ফৈজাওগী উকিল ময়াদগী মৈ হৌরক্লদবগুম ঙাঙবা হৌই । মহাক্কী মরোলদু জজ য়ানিংনা উই । মরক থৎতুনা নরজীৎ তপ্লপ ব্রাহৈ খর হায়রগা জজদা লাইরিক অমা লানশিল্লম্মী । জজনা চে থেৎপা লামায়দা হায়ফেৎ য়েংলগা অচৌবা লাইরিক্তু পায়দুনা লংখি । কোর্তকী মী পুম্নমক ঙক্লা তুমিন তুমিন লৈনৈ । ফৈজাওগী উকিল নরজীৎতা য়েংলগা হায়ফেৎ নোকখি ।

শাজৌ মকোক্তা জীং লাউনা হুমাং কাঙডি, উরু উরু লৈ, কনাবুসু উরমদে । ফমদুনা লৈবা ঙম্লক্ত্রবদা মপান থোরক্তুনা ক্বায়োনবী অমগী চফুদগী ঈশিং লৌরগা লব্রাইদা থারম্মী । মহাক উখোঙ অমদা ঙাইহাক ফমদুনা নুংগী মৈশা খাঙবদা অচৎ-অওকশিং য়েংঙি । ব্রাখল নুংঙাইনা মপান্দা চুরুট থক্লম্বা ফৈজাও মনুংদা অমুক চঙখিবা উই । শাজৌ কুইনা ফম্বা ঙমদে, মশা ইতাও তাওনা কোর্ত মনুংদা অমুক চঙলক্লে । জজনা হায়বা রায় পেচকারনা ইবা লোইরম্লে । নরজীৎ ফাইল অমদি লাইরিক খোমজিল্লগা শাজৌরোমদা য়েংলকখি । ফৈজাওগী উকিল মপাল্লোমদা থোকখ্রে ।

মনাক্তা চঙশিল্লকপা নরজীৎতা হৎবগী থৌনা মাঙখ্রবগুম শাজৌ তঙক তঙক য়েংলি । ইহা হাদবা নরজীৎনা হায়রৈ, “ তাদবু ঈশ্বরনা থৌজানবীরে ।”

উকিলগী ব্রা লৌশিনফম খঙদবনা শাজৌ লাংতক্লব হেনগৎলি । নরজীৎনা ময়েক শেংহল্লকখি, “ তাদনা ঙম্লবনি, রায় লৌথোক্লগে, হনবদা পুবীখ্রো ।”

শাজৌ শাংলবা মঙদগী মীকপ থোরকপগুম উকিলগী তুং ইন্দুনা চৎলম্মী ।

# ১০

থোইবানা পরীক্ষা হোলদগী থোরকপদা পূং অহুম চপ চানা তাখ্রে। অইবগী নম্বর চামা, চীনহায় য়াঙ্খ্রেগী পরীক্ষা অরায়বা ওইখিদে। ফনা য়াম্না ৱানা অমসুং পুক্লিং চঙনা হোৎনখ্রবসু শুকশোয়মক শোয়দনা খল্লকপা য়াবগী থাজবা য়াম্না পিক্লা লৈখিবনা মহাক পুক্লিংদা হরাওবা ঙমদ্রি। শিল্লোংগী খুরবা লম্বীশিংদা মপৈ মপৈ পাইরকপা লৈচিল ফাওদুনা অমদি কূংনা চৎপা গাড়ীশিংগী মরক্তা মনীং তম্বা ঙমদবনা ট্রান্সপোর্ট ওফিস তম্না খোঙনা লাকপদা নুমিৎকী মঙাল উচান পাম্বীশিংগী মরুমদা মাঙখিবনা হানখ্রে। থেক-খোইনা চৎপা লম্লোং-লম্ফাং য়াম্বা লম্বীদা মতম খরসু লম্মাংনরুবদগী মহাক য়াচংবা মতুংদা গৌহাটী পাংগদবা গাড়ী থাফমদা থুংলখি। শেল মকোম য়াম্না চেংলবা থোইবা শিল্লোংদা পন্থরুনবগী থৌরাঙ লৈতে, খুদক্তা তিকেৎ কক্লুনা গৌহাটী বসতা তোংখৎলকখি।

অহিংগী খোঙচৎ অদুদা, বস লেপফম কয়াদা যাত্রিকশিং কূমদুনা অচা-অথক লৈনৈ, অদুবু মহাক্তি অরাম্বা খাঙদুনা ফমফমদা য়ৈশিন্দুনা লৈ ; মহাক্কী ফুরিৎখাউদা য়াওবা লূপা মঙাদগী শিকি অমা ফাওবা কায়থোক্লিংদ্রবা মতম্নি। মহাক য়াম্নদি চোকথনা গৌহাটী থুংলরে।

লম্বীগী অশোয়বা লৈবদগী হাইগৎকদবা রেল গাড়ীশিং মথং নুমিদাংদা থারগনি হায়নরকই। অয়ূক্তা থোইবা হোটেলদা শিকি অমগী তল চারে। অরাম্বা খর কোল্লুবসু লূপা মঙা শুনা য়াওদ্রবদা মহাক ৱাখল ৱায়। য়াম্না কুইনা ঙাইরকখিবা পূংজা য়ৌরকপগা ষ্টেসনগী কাউন্তরদা তিকেৎ

কক্লবা মীনা কৃক কৃক ইন্নরম্মী। অপাকপা বোর্দ অমদা ষ্টেসন কয়াগী ভারা ইদুনা থম্বদু থোইবা হন্না হন্না পাখ্রবনি । ডিমাপুর য়ৌবগী ভারা মহাক্কী ফুরিংখাউদা য়াওবা শেলগী শরুক অনীনসু কোন্নদে । লংফৈনি, খৃৎতা লুপা অমদি খাক্তবা য়াদবা মতাং থোক্লি । মরম অদুনা মহাক হোজাই য়ৌগে তন্নবসু লুপা অহুম মখায়না ফংবা ছপরমুখ ষ্টেসন ফাওবগী তিকেৎ ককপদা তারে । হোজাই য়ৌবা অথোইবা মাইল খরদি লেম্না তোংলগে খল্লম্মী।

নুমিদাংগী পূং তরেৎ চপ চানা গাড়ী থারম্মী । তাল চারুবনা থোইবানা কাখৎলুবা থার্দ ক্লাসকী কম্পার্টমেন্ট অদুমক্তি মী য়াম্না চিনবা ওইরমদে । বেগ মচা অমা লেংবান্দা য়ান্দুনা মহাক ময়াই ওইরপ ফম্লুই, নাইতোম চৎপগী হৌনবী ফম্লম্বা যাত্রিকশিংদা মথং মথং য়েংলম্মী । থংননা ফম্বা মহাক্কী লেংগা ওইবা পাখং মচা অমনা অহোমিয়াদা হংলকখি, " কদাই য়ৌগদবনো ।"

লোল মুন্না খঙদ্রবসু থোইবা খুম্লম্মী, " হোজাই ।"

পাখং অদুনা মখা তানা ৱারী তৌবদা থোইবা তারি হায়বা খঙনবা মঙক্তি নোমখি । লোল খঙদবগী নুংঙাইতবা কোক্লবা মহাক মমিং উইরে, তুম্লিংবদি লৈতবনি । কাংচেক মচুগী অফাইবা ঙৌবোং অমনা ৱাকচীংগী অঈংবা নুংশিৎতগী কনবা ঙমদবনা মহাক নিংথম্বা খাঙবদসু ৱারবনি । অদুগা ৱাফম অমনা, করিগুম্বা তৃমথোকখিবা থোক্তুনা হোজাই হেন্দোকখিগদ্রা হায়বসু মথ্বায় ৱারি । হোজাইদা মতম খর পনবনা মণিপুর য়ৌনবা উপায়নি হায়বা লন্নাই ৱাখল লৈ । মতম অমদা মঙোন্দগী খর হেন্না চাউবা হোজাইদগী অঙাং অমা মপুবোক্তা পূং তম্লম্মী । লালগী ঈরাং হৌরকপগা অঙাংদু ময়ূমদা হনখি । মহাক্কী মমিং বাবুরামবু থোইবানা খক কাউদে ; মখোয় অনী য়াম্না চান্নজখিবনি । বাবুবামগী য়ূম থিরগা মহাক মতম খর পন্দুনা লৈগে, মণিপুর য়ৌনবা ভারাগী শেল তানগে হায়বসি শিল্লোংদগী খল্লকখি।

গৌহাটীদগী পূংখায় অমগী মতম লাকখ্রে । অপিকপা ষ্টেসন পানবারীদা ঙাইহাক লেপ্লদা অচা-অথক, চুরুট বিরি য়োনবশিংনা লাউনরকপা খোঞ্জেলনা থোইবাবু মমিৎ খর শিংহল্লি । মশাবু তোন্থনা

খঞ্জরুবনা মহাক কনাদসু হৈনিংনা য়েংদে, অদুবু মপা থোক্লুবদগী থোঙনাউ মথক্তা হিন্দী অমদি ইংরেজী লোন্দা ময়েক শেংনা ইবা উই– 'রেল জাতিগী লন্নি। কনাগুম্বনা তিকেৎ য়াওদনা চৎলম্লবদি লুপা চামঙা ফাইন, লোয়ননা থা তরুক জেল।' মহাক মরোলদু অহুম মরিরক হন্না হন্না পারম্মী, ফং ফং শাগৎলি। রেলসু য়াঙনা চেনখৎলক্লি। অঈংবা নুংশিৎ কিনবনা কনামত্তনা থোঙনাউ হাংদোক্লুনা মপানগী দৃশ্যগীদমক খন্নদে, অদুবু মহক্তি তোয়না য়েংলম্মী,লৈতাদবনি। মহাক্না পায়রিবা তিকেৎ অদুনা হোজাই য়ৌনা চৎলুবদা মাইল খরদি মীনমগদৌরি। মদুগী দণ্ডি শোয়দনা লৈফম থোকই।

থোইবা তশেংনা হুরানবগী চাংয়েং হৈনদে, মঙোন্দা চাউনা নীংহন্নবা অমা লাক্লে। রেলগাড়ী খোঙজেল খর খর হন্থরকপগা মহৈ মহৈ হায়নরকই – ছুপরমুখ জংসন য়ৌরে। মহাক নিংশিংলক্লে, ককখিবা তিকেৎ ষ্টেসন অসি ফাওবগীনি। মহাক ফুক হৌগৎলি, ফম্মিন্নবা পাখংদগী অশেংবা খঙবা পামখি।

" হোজাই কয়া লাপ্লিবগে ?"

" য়াম্না লাপ্লি, মাইল নিফুগী মথক্লি, ফমখো।" পাখং অদুনা তাক্লম্মী।

থোইবা ফম্মিন্নবশিংদা অমুক্তং য়েংলম্লগা গাড়ীদগী কুমথহৌরে। মুশি মুশি য়াম্না হৈনিংদবা বিজলীগী মৈঙান্দা ষ্টেসন নিংথম অঈংবা খাঙবগুম তন্থনা লৈ, মীসু ইশাম শান্নম্মী। মতৌ অদুনা মহাক্কী পুক্নিংবুসু শোন্থহল্লে। অহাঙবদগী শিংলকপা নুংশিৎনা য়ৈরবদা মহাক য়াখৈ নিক্লা খাঙলম্মী। অরাম খৌবাংবা কন্না ফাওরক্লবদা মহাক পুরি য়োনফমদা অসুম মখোঙ থাংলকখি। অকোয়বদা মী খর য়োমশিল্লম্বদু অচাকপা কয়লাগী মৈশা ফংনবা হোৎনবনা অয়াম্বনি। মখোয়গী মরক্তা চঙদুনা মহাক শিকি অমগী পুরি লৈরগা চাবে, অশাবা ঈশিং মরাং কায়না থকপদগী অরাম-খৌরাংবা ফনা য়াম্না নমথক্লে।

থোইবা ষ্টেসনগী মচি অমদগী মচি অমদা, নোংচুপ্পুগী নোংপোক্তা হঙ্গৎ-হন্দা চৎলি, ঙাইহাক অমুকসু ফাল অশাংবা অমদা ফম্লুই। ঈংবগী চাং অসুম অসুম হেনগৎলকই। মহাক খোংগ্রাউ অনী, ফুরিৎ অনী

লোনবনি , মথক্তা হাফ সুইতর অমসু লিৎলি। ঙৌবোং চেকশিন্না ইন্দুনা অঙীংবগা মায়োক্লবদি হোৎনরি । ঈংবনা পিকশিল্লবা মতমসিদা মহাক নাইতোম তাবা অমসুং তোন্থবা মতৌদা পুক্লিং নুংশিরকই;নিংথম্বা ঙাকথোক্লবা উপায় থিবদা ষ্টেসন্দা লাইরিক য়োনবা মীনা হাঙহল্লম্লবা অশাংবা কৃগী মওং মানবা উপু অমা উরম্মী। মহাক উপু মনুংদুদা তিংথোক্তুনা হিপ্লুরে । কান্নফম খঙদে, শরূ -শয়াঙ ফাওনা উন মহী চেল্লবগুম চিংশিল্লকই । উপু ময়া নক্লা চৎলবা মীশিংনসু মতৌদু চিংনদুনা হেক হেক য়েংলৈ , ইকাইদবা ঙমদে ; অমুক হৌগৎতুনা কোইচৎ-কোইচৎ চৎলম্মী ।

থোইবাগুম ৱানা অহিং লেনবা মী অহুম মরি নত্তনা অতৈদি মফম চাবা য়েংদুনা ফম্নে, হিপ্নে । লেপ্না লেপ্না ৱাখল অমনসু মহাকপু ৱাহল্লি , মথং অয়ুক কদাইদগী চাগদৌরি ? হোজাই য়ৌরবতদা মহাক্কী উপায় ফংগনি, মফম অসিদা পন্থদুনা লৈরুবদা মহাক্কী তোংজবা লৈররোই ; অরুবা ৱাফমসিনা ঙাইহাক অঙীংবা কাউহল্লে । মহক ৱাফম খর খঙনবা লেপ্তুনা লৈবা নুপা অমগী মনাক্তা চঙশিল্লি ।

“ মফমসিদগী হোজাই ষ্টেসন মাইল কয়া লাপ্লগে ?”

“ খঙদে ।” য়াখৈ নিক্লা খুন্নকপা নুপাদু হৈনিংদে ।

পাউখুমদা থোইবা পেন্দবা তৌদে, খঙদবা য়াদে মতাগুম চৎথৈ।

“ মরকসিদা ষ্টেসন কয়া লৈ ।”

“ অহুম-মরি লৈ, মচা-মচানি, শেমগৎপা কুইদ্রিবসু য়াওরি ।” হন্দক্তি নুপাদু ফনা শেংনা তাক্লকখি ।

“ রেল লম্বী নত্তবা অতোপ্পা অশম্বা লম্বীদি লৈব্রা ?”

“ খ্বাইদগী শম্বসি রেল লম্বীনিনে ।” হিন্দী বাংলা য়ান্নদুনা ঙাংবা নুপাদু চৎথোকখ্রে।

থোইবা মথন্তা লেপহৌরে, মায়কৈ খুদিং পুক্লিং নুংশিনা কোয়না য়েংঙি, অঙ্ক হোৎলি । মী অমনা কন্না চৎলবদি পূং অমদা মাইল অহুমদগী হেন্না চৎপা ঙম্মি । মরক মরক্তা চেল্লবদি মাইল মঙাদি লানগনি । অদু ওইরবদি মাইল নিফুগী লম্বী পূং নিপালদা চৎপা ঙম্ফম থোকই ; অয়ুক ঙন্তা হোজাই শোয়দনা থুংবা য়াই । ষ্টেসনগী ঘড়ীদা পূং তরা মখায়

তারে । নোংঙানগদবা পূং তরেৎ ব্রাৎলি । হোজাই য়ৌনিংবনা মহাক মাইল নিফু তেন্না খনখ্রে । চৎপগী ফিরেপ লৌবগা থোইবা মখোঙ থাংখিবগা চপ মান্নখি ।

খোঙশানবগী অহানবা মীকুপ খরদি থোইবাদা মঙলানগুম থোক্লম্মী । লৈচিলগী কুয়োম ফাওদোকপা ব্রারবা বিজলী থাউমৈ মঙান্দু পূংখায় অমগী মতুংদদি উখিদ্রে । তরেৎনি পানবা থা তাগ্নবনিনা লৈচিল থারবা অহিংদু শুক -শুনা মন্নম্মী । মহাক্কী খোঙকাপ থুবা ঙমদে ।

ব্রাংনা থোনবা লম্বীগী মথক্তা থানা চাইবা কংকৃকপু থৌশাদনা থোইবা খোঙকাপ য়াঙখৎনবা হোৎনরি, খুদিদি তোয়না থীরে। নাকন্দা চৎনবা লীখুন উরকপদগী খর কোম্না চৎপা ঙমজরে । রেল লম্বী ইল্লিবনিনা লম্মাংনবদি থোক্লরোই খল্লবসু চীকপগী চাংদি অসুম অসুম হেনগৎলক্লি । মীনম-মীশা তাদবা উমং-ব্রাংমংগী অশুকপা মফমদা মহাকপু লম্বী অদুনা পুশিল্লকপা লেপ্তে । মখোঙদগী মতোন ফাওবা উরীনা য়েৎলবা উজাওশিংদু ঈশিং মনুংদা লেপ্পনা য়াম্মি। অহিংদা চাক্তাবা জীব খরগী খোঞ্জেল নত্তনা তাইবং মীগদি লাপ্পরিবা উমং অদুদা মহাক পুন্সিগী অহানবা নাইতোম লংফৈ চৎপগী থবক পাঙথোক্লি । ব্রাকচীংগী অহিংনি কাউরে, শীন্থরকপা হুমাংনা হকচাং পূম্বা চোৎলবনি ; চেনবা লেপ্তে । ঘড়ী য়াওদবনা মহাক্কী চাওরাকপা মতম খঙনবগী পাম্বে খোংজোমনুবীনা ওইরি।

অহিং নোংয়াই মতমদা অচৌবা মৈবুনগুম ঙানবা রেলগী মমিৎ মায়োক্লবা মায়কৈদগী থাপ্না চঙশিল্লকই । মঙাল অদুনা থোইবাবু জঙ্গলগী ব্রাখল কাউহল্লে ; লমজেলসু য়াঙনা চেনবা ঙমহল্লি। মীরক্তা চৎপগুম নুংঙাইবা ফাওহল্লম্বগী মতমদি কুইখিদ্রে, রেলগাড়ী লাউ-খোংদুনা হেন্দোকখিবগা হেন্না চীকপা মফমদা থাদোকপীরম্লবগুম শ্বাই লাওই। পূংখায়মুক কান্নরগা অমুকসু তুংলোমদগী রেল তালিনা অচৌবা খোঞ্জেল পুরক্লে। মৈঙালগী খুদোংচাবা লৌদুনা, রেলগাড়ীনা হেনগৎহনখিরোই মতাগুম মহাক কন্না চেল্লম্মী । অদুবু হন্দকসু কুইদে, অশুকপা জঙ্গল মনুংদা নাইতোম হেক্তা তাহৌই ।অসুম্না মাঙদগী তুংদগী লাকখিবা মালগাড়ী, পেসেঞ্জর অমত্তনা মহাক্কীদমক করিমত্তা খনবীরমদবগুম থাদোক্লম্বদা মহাক পুক্লিং নুংশিরে ।

নোংয়াই মতুং পূং অমরোমগী মতমদা থোইবানা লেঙদবা মৈঙাল অমা উরম্মী। অসুম খর খর নকশিন্নরকপদা খামদুনা লৈবা পেসেঞ্জর গাড়ী ওইরম্লে। গাড়ী য়েংশিনবশিংনা অমম্বদা তোর্চ পায়দুনা , কোক-কাক,কোক-কাক, অশোয়-অঙাম য়েংলম্বনি। নাকল লম্বীদা চৎলিবা থোইবাদা গাড়ী মনুংদগী নুপা-নুপী কয়ানা মখূৎ হাইনরকপসু ফাওরি। মহাকসু থোইদোকপা খল্লুদনা মখূৎ হাই । ময়ামদুগী মরক্তা ফম্মিংবগী খোয়রাঙবা অমদি মঙোন্দা য়াওরি। গাড়ী তপ্না চৎপা হৌখ্রে, মৈঙালসু পুখ্রে। মহাক নুংশা স্বর শাংনা শাংনা হোন্দুনা ঙাইহাক লেপখি। চীনবান চিক্লুনা মপি থিংলম্মী, মথন্তা নিন্দা তৌজখি । মীয়ামগুম মহাকসু পম্লুং য়ৌনবা করিগী গাড়ী তোংবা ঙমদ্রিবনো ? অসুক তোনবা খোঙচৎসি কনানা চৎলমগনি ? নিংথমথাগী অহিংদা, শুক্লবা উমংদা মথন্তা লাকখ্রিবনা করিগী,কনাগী থৌইনশিন্নো? চৎপা-হনবগী হিসাব হৈতবদগী নংলিবা অৱাব্রা? ভারা কোন্নরোই খঙলগনা করিগী লাকখ্রিবা, কোন্ননবা লাঙবা কৈদৈবগে? মীঙোন্দগী পূরুবা মতমদা খর য়াম্না হংখিদ্রিবা, মতেক্তা ইকাইরুরিবনা করিগী? পুক্নিংদা অসুম নৈনরুরগা মহাক মশাগী পঙজবদগী থোকপনি য়াজরবসু থোইবা অৱাবা নংবগী য়াম্না হেন্না নিংঙমদবদি লৈতে। শিল্লোংগী ইন্টরবিয়ু খোঙচৎ অসিগীদমক মহাক্না হোৎনজখিবা অমদি লাঙখিবা থৌরাঙদা চেকশিন্দবা লৈখিদে ; মথং মথং নিংশিংলকখি।

– নোংমা থোইবানা খবর পারুবদা থেংনৈ –'মেত্রিক পাস তৌরবা হিন্দী খঙবা ভারত মচাশিংনা পোষ্ট অমসুং তেলিগ্রাফ ডিপার্টমেন্টকী মখাদা থবক তৌনিংলবদি মথং থাগী অহানবা নোংমাইজিং নুমিৎতা শিল্লোংদা লৈবা ডিপার্টমেন্ত অসিগী ওফিসতা পাঙথোক্কদবা ইন্টরবিয়ু য়াওরবা য়াগনি ।' থবক কন্না থিরিবা থোইবানা তাঞ্জা অদু নাম্থোকহন্নিংখিদে ; লাইবক য়েংনিংখি ।

চাংয়েং য়াওনিংবগী খোয়রাঙবগা লোয়ননা মমা-মপাদা শেলগী থৌরাঙ তৌবীয়ু হায়জনবা মহাক যূমদা হল্লকই। শিল্লোং ফাওবগী হঙ্গৎ হন্দা ভারা অমদি অতৈ খরচ পূল্লগা লুপা হুম্ফুতরামুক্তি পুদবা য়ারোই। মহাক হিসাব পানা পানা ইমুংদা চঙলকপদা ৱাফমদু হৌদোক্লুবা ঙমখিদ্রে,

মরমদি মপুবোক্না য়েনরম্বা য়ুমগী লৈতেং ওইজরিবা পুং অমা য়োন্ননবা মমা-মপা খন্নরম্বা তারুরে। পুংগী মমলনা কেশকীদমক উকিলদা পীনবনি। উকিলনা পুক্লিং চঙবীদ্রবদি কেশ অমুক হিঙ্গৎলরোই হায়বসি মপাগী পাউনি। লৌগী কেশ মায়থীবা হায়বসি মখোয় ইমুং মতম চুপ্পগী ওইনা হৌগৎপা লুরগনি। মমা-মপাগী মৈশা মহাক লূম্না খন্দবা ঙমদে, ইন্টরবিয়ুগী তাঞ্জাবুদি মতুং কয়ারক লাকখিবা য়াই। অদুম ওইনমক, মমা-মপাদা ঙারুদনা, শিল্লোং য়ৌনবা করি উপায় থিসিগে খনবদা মহাক অহিং-নুংথিল পোত্থাফম খঙদ্রি। মরম অদুনা মমা-মপানা কা হেন্না খন্তবোইদবা থবক থিবগী ব্রাফম হায়রম্লগা মহাক ইম্ফাল হাইগৎলকখি।

ইম্ফাল য়ৌরকপদা থোইবা তোমালগী য়ুমদা লাক্লম্মী ; শিল্লোং ইন্টরবিয়ুগীদমক শেল খর হংগে খল্লকখিবনি। তোমালনা মহাক্কীদমক তেংবাংনিংবা কয়া লৈ হায়বা খঙলবসু মখূৎ তিংথোকপদি তৌরুদ্রি। ঙসিদি ইকাই-হঙ্গোইবা পূম্নমক থাদোক্কুনা মহাক চঙলকখ্রবনি। মখোল তাবদা হেমা ইমুংদগী চেন্থোরকই ; হরাওবনা তয়াং তশোইরবীনি।

" তা-থোইবা ! করি থবক্কী? থাজখিদ্রেদা।"

" অসুম কোয়থোরকপনিদা।" থোইবা মতু শোল্লপ দারি কাখৎলকই, " মামখোয়দি ?"

" পাবুংগা ইমাগা দুকান থোকখি।" হেমা কুইনা পুরক্লবা নুংগী ব্রাকৎ কাঙথোরকখি, " ইমাখোয় লৈত্রবদি হনখ্রগেরো?"

" নঙনা ঐবু থওইবীদ্রবসু ঐনদি নঙগী খোঙ্গুল লীরক্লি।"

" হৈরেকো।তা-থোইবাগী ব্রা অচুম্বনি খন্না ঐ হরাওবা ঙমদে।"

" অচুম্বা ওইরমগনি খল্লুরগা নুংঙাইতবা ওইরম্লবদি।" থোইবা খাম্লপ নোক্লম্মী।

থোইবানা নোকপদা য়াওবক্তুবী হেমা য়ানিংদনা পিশুম অনী লেঙলি।

" তা-থোইবাগী লাকথোক্তুনা য়ৌবকখিবগী মরম খঙজবা য়ারোইদ্রা?"

" য়াম্না লুনা খঞ্জরকপা থবক্লি, ঐগীদমক মমল চাউই।"

" হায়দোকপা য়াদবা?"

" য়াই। অহানবা মরম,নঙবু উনিংলকপা। অনীশুবনা, ইনে-মামবু খুরুমজনিংবা ।"

" অহানবগীদু পোৎহাপ্পি খঙজরে,অনীশুবসু চনৈনরি, শেংদোকপীয়ু ।"

" মামগা করিগুম্বা অমত্তং তানজনিংবনিদা ।" থোইবাগী শকফম ওল্লি ।

" ঐখোয়বুদি খক খঙহন্নিংদ্রবনিনে ?"

" অকায়বা লৈতে ।" থোইবা শোন্থাংননা হায়, " অদুদা .....।"

" অদুদনি ঐনা পোৎহাপ ৱাহৈ শিজিন্নৈ হায়রিবা।"

লুকথরিবা থোইবাগী মায়থোংদা কুপ্লিবা ইকাইবগী মমি হেমানা উই ।

" শেল খজিত্তুং হংজগে তৌবনি। "থোইবাগী মায়থোং লূমথরকই।

" করি চৎননবা?" হেমা ঙক্তক য়েংলম্মী ।

" ঐগী লন্নাই অচিনবা অমা লৈরে ।"

" কয়া য়াম্বা শেলফম্লো ?"

" লূপা হুম্ফুতরামুক্লি ।"

" শিজিন্নফমদি তাক্লরোই ?"

" হেমা, নঙ ঐখোয় ইমুংগী ফিভম খঙদ্রি য়াম্লা শোকচিনখ্রে। ঐ থবক থিদবা য়াদ্রবনি,অসিনি মরম ।"

থোইবানা লাইরিক তম্বা তোক্লগা থবক থিবগী ৱাফম লাকপদা হেমা মমিৎতা ঈরা শিন্না নোন্থখি ।

" লূপা হুম্ফুতরা?"

" মীঙোন্দা পীজনবা নত্তে, লাইরিক অমদি অতৈ খরচকীদমক দরকার ওইবনি।"

" ঐঙোন্দা লূপা য়াঙ্খ্রে লৈ, মসিনা কোন্নগদবা লৈরবদি পাবুংখোয়দা অমুক হায়নরুদ্রবসু য়ারগদ্রা?"

হেমাগী অতিংবা পুকচেন্দা থোইবা ইকাইজে, অদুবু হরাওদবসু ঙমদে। মঙোন্দা লৈবা লূপা তরাগনা খর ৱাইচিল্লবসু লাইবক য়েংলুরগে

খল্লকই ।

“ করম্না থাগৎশিগে, লমন চাউনা তোনশিল্লে ।”

“ লমন ! তা-থোইবা অদুম্নকা হায়জনু, নবুক ফত্তবা ।”

থোইবা খুমদে, ইকাইবনা মহাক্কী ব্রাখল লৌশিং পূম্নমক নমথদুনা থম্বগুম তৌই। য়াম্না থুনা হেমা ইমুংদগী লূপা য়াঙ্খে লৌথোক্লুরগা পীনরে ।

“ মঙ্গল ওইয়ু ।”

“ থাগৎচরি ।” থোইবা মঙগুম লৌই ।

“ কাউখ্রে খলহনবদি তৌনদবী।” হেমা থোইবাগী ইকাইবা তান্থোকখিনবা হোৎনৈ ।

“ ঐ ঙম্বামখৈ থুনা শিংদোক্লবা হোৎনজগে ।”

“ অদুরা ঐনা হায়রিসে?” হেমা ফিংগৎলকই, “ খঙশিন্নদবা তৌজনু, নঙনা নুপানি খর তোয়না লাকফম থোক্রা?”

শিল্লোং য়ৌবগী আশাগী ঈরোলনুংদগী হেমাগী ব্রাহং অসিনা মনিল ওইনা ফাওগৎলক্তুনা য়ৈরবদা থোইবা নুং-পাল অনীমক ফং শাগৎলবসু মহাক্লা য়াওরুগদৌরিবা ইন্টরবিয়ুগী মরম তাকপা ঙমদনা তপ্না হৌগৎলকখি। –

অসুম্না ইকাইবা থাদোক্তুনা তোমালদগী শেল খরগা পূরকখিদ্রবা করিগীনো হায়বসিনি থোইবানা মথন্তা তোয়না হংজরিবা । পাউখুম চম্না থোক্তে, তোমালবু মহাক্কী থম্মোয়না ইকাইজবা মীশক ওইখিবগী মরমসু লন্নাই ব্রাফম্নি । মরম অদুনা মশাবু অপঙবদা শীংথাবদি য়াই, মরাল শীবদি ঙমদ্রি ।

অচীকপা উমংগী লম্বীদা মহাক্কী হঙ্গৎলুবা ব্রাখল লীশাং নক্লা খোংলকপা লমহূই শঙ্গু অমগী অহৌবা খোঞ্জেলনা পৎ থদৎখ্রে । মহাক অতিয়াদা য়েংখৎলি, চয়োল তরেৎ লৈথরক্লে,নোংয়াই মতুংদগী শাংথরকখ্রবনি। হৌজিক মহাক অমুক চেনবা হৌরে। চোন্না ইনবা ঙৌবোংনা অপনবা পীরকপদগী বেগ মনুংদা হাপচিল্লম্মী। মহাক চেন্না চেন্না অসিমসু খল্লি – অসিগুম্বা খোঙচৎসি করম্বা মীনা পাম্নফম থোকই, শিংবা থবক নত্তে।

থোইবাগী পুক্নিংগী লৈফম ওল্লকপদা খঙহৌদনা য়ূম য়ৌরুই । মহাক্কী চৎফম তাক্লমদবনা মমা-মপা থৱায় ৱারমফম থোকই, তমুবী কয়াগী মতিক নুংশা থীরমগনি; মথং মথং খল্লুরগা মহাক ময়ূমগী লাইর ঈরোলনুংদা অসুম অসুম লুপথরম্মী। মমা-মপানা করিগীদমক মরুপ-মপাং অমদি মরী-মতাশিংগী মতেং লৌনিংদ্রিবনো, ফিরেপ অসিগী অমাঙ-অতোং খন্থফম থোক্তব্রা? লাইর-চক্রদা উঙদুনা লৈরবা মমা-মপাবু তেংবাংবা ঙমদ্রিবনা করিগী,মহাক য়াম্না চাকচৈ। ৱাখন্দা মুনখিবনা মহাক কামপুর হায়বা ষ্টেসন মচা অমা য়ৌরকখিবা খঙহৌদ্রে ; খোঙকাপ খর তপথবতা নত্তনা লম্বীদা পুক্নিং থল্লম্মী।

পূংজা খরগী তুংদা থোইবা যমুনামুখ ষ্টেসন য়ৌরে। নাইতোম চৎপগী হঙ্গোয়বা অমদি অৱাবা খরদি মাঙখ্রবগুম তৌই, অদুবু মহাক মফমদুদা মীকুপ ফানা পল্লমদে,ইকুই কুইদনা অশুকপা লম্বীদা অমুক চেল্লম্মী। পাৎয়াইদা থোঙ্গৎতুনা শেম্বা লম্বী মতেক অমা লাল্লিঙৈদা থোইবাগা মায়োক্লনা রেলগাড়ী অমা লাক্লম্মী,পেসঞ্জরনি । খজিক্তং লাপ্পা থৈনগে ৱাখন্দা মহাক অমম্বা লৈরাইদা ঈশিং নক্লা কূমথরুই। শিং তিংনা তাদুনা লৈবা উ অমগী মথক্তা মহাক কাখৎতুনা লেপ্পুবনি । অশাংবা উ অদুনা খঙহৌদনা ওল্লকপদা মহাক ঈশিংদা ওন্থরে, মখূৎতগী বেগতি কংফান্দা তাহৌরে। উনগা পাংখক ওইরবা ঈশিংদগী মহাক মীকুপ অমগী মনুংদা কংফান্দা চোংখৎলকখি। ঈংবগী নিকপদা অকিবসু য়াওরব্রা? য়াঙনা গদ্রং গদ্রং চেল্লিবা গাড়ীগী মৈঙান্দা মহাক্লা লেৎলুবা থোল্লকখিবা উশাং ঈমায়দা তাওবা উরম্মী। উ অদু মথেক মথেক ঈয়াইরোমদা লাপথোকখি। অচৌবা লিন নৎত্রগা লাইরেন্নি খঙলকপদা থোইবা খর হঙ্গোয়রবসু অঈংবা চৈথেংগী অৱাবনা হেল্লি। লৈরাইদগী বেগ খুনগৎতুনা ঙৌবোং লৌথোক্লগা মহাক অচোৎপা ফি হোংদোকপা হোৎনরম্মী। মনুং ফি ফাওবা পূল্লপ চোৎখিবনা ইল্লিবা ঙৌবোং নত্তনা ঈংবদগী কন্ননবা উপায় অমত্তা লৈত্রে । অচোৎপা ফিশিং শুমদোক্লগা বেগ মনুংদা থোইবা খুদক্তা হাপ্লম্মী, মৈখেৎপুদি ঙৌবোং ফিজিদা চেৎনা পুনশিল্লে । অঈংবা তান্থোকখিনবা মহাক চেনবা অমুক হৌরে ।

থোইবানা ঈশিং লৈতবা অকংবা উমং য়েংদুনা চেল্লকপা মতম

ফনা শাংলে ; ঈংবনা মখা অমুক চৎথবা ঙমগনি নিংলক্ত্রবনি। চীন-য়াদগী থক থক নিক্লা থোরকপা শী-শী খোঞ্জেল থিংবা ঙমদ্রে। খূৎ-খোঙ পঙশিল্লক্লবনি। খাঙবগী ঙমখৈ লোইরে খল্লকপা মতমমক্তা অকংবা উমং অমদা মহাক চঙলক্লম্মী। রেল লম্বী থাদোক্তুনা মহাক অমম্বদা ই-লাং অমসুং উনা খোমজিন্দুনা খুদক্তা মৈ থাগৎপা হোৎনৈ। মৈঙানগী মতেংনা মকং ফরবা শীং মরাং কায়না খোমজিনবসু ঙম্লে। মৈশানা অঈংবা কোকহল্লবদা থোইবা অচোৎপা ফিশিং লৌথোক্তুনা কংহন্নবা য়াইরম্মী। চোকথরবা হকচাং মৈশানা শুল্লকপদা মীকুপ খরদি মহাক্লা ফল্লিবা মফমতা নত্তনা মশাবুসু কাউরুরে। মমিৎ পাঙথোরকপদা মৈঙালনা য়ৌবা অরাপ্পা উরক্তা তাইবং মী অমা থোইবানা উখি। মহাক ঙৌবোং চেকশিন্না ইল্লি। শক্তমদু খর হেন্না ময়েক শেংনা উনবা মৈ কন্না চাকখৎহল্লুবদা উগী মরুম অমদা লৈশিনখিবনা হানখ্রে। মহাক মমিৎ খৎশিং শিংঙি,চিংনদবা ঙমদে। অশুকপা জঙ্গল অসিদা পূংফম অদুদা তাইবঙ মী লাকফম থোকপ্রা? মাঙখ্রিবনা করিগী? মনুং খোংগ্রাউ মচা,দ্রেনগী ফুরিৎ অমসুং খোংগ্রাউ কংলবদা মহাক তন্না শেৎচিল্লি। অতোপ্পা ফুরিৎ খোংগ্রাউ কংহনবদা মহাক পুক্লিং অমুক চঙলম্মী ; উখিবা শক্তমদুগী মরমদা থোইনা খল্লুদ্রে। অদুবু ঙাইহাক্কী তুংদা মহাক্লা অমুক য়েংখিবদা হান্নগী মফম অদুমক্তা মীগী মূর্তি অনী চপ লেপ্পল্লগা অমুকসু মাঙখ্রে। করি ওইরম্ফম থোকই হায়বা মহাক্কী ৱাখলনা লাম্বা ফংদে ; চোকথরবা অমদি তূম্লিংলবা মিৎনা মশেল মরাং উরুবা ওইগনি খন্দুনা অচোৎপা ফিশিং কংহন্নবা কন্না হোৎনৈ। মহাক্কী থবক মায় পাকই, কংলবা হীকোক ফুরিৎ অমসুং অমুবা খোংগ্রাউসু শেৎচিল্লে ; শেন্দল উপশিল্লে, সুইটরদি চোৎনা লৈরি। মহাক্লা ফি ফৌবগী থবক তৌরকপসি পূং অমগী মথক্তনি,অঈংবদগী কন্দুনা পাঙ্গল মপূং ফানা লাক্লবদা চৎলগে হায়বা ৱাখন্দা মৈ মুথৎপা হৌরে। অঙকপনি হন্দক্তি মহাক্কী মিৎনা অথাপ্পা উখোঙদুদা মূর্তি অহুম ময়েক শেংনা উরম্মী। মখোয় অহুমদু অসুক্কী মতিক থুনা মাঙখিবনা হঙ্গোয়দবা ঙমখিদ্রে, মখোঙদা লাইরেন্না য়েৎলবগুম শ্বাই শ্বাই লাউরি। মফম অদুদা শাংথরুবা ফররোই খন্দুনা মহাক তহা তহা মৈ মুথৎলল্লগা রেল লম্বী তম্না থোরক্লে,নোংপোক মায়কৈ কাউদনা অমুক চেল্লক্লম্মী।

থোইবানা মাইল অমরোম চেল্লবা তুংদা নোংচুপ লোমদগী মৈঙাল অমা ফাওরকই। রেল গাড়ীগী মৈঙাল ওইরমগদবোই নীংদুনা য়েংলুবদা লম্মৈ চাকপা ওইরল্লে। ঙমখৈ অমসুং মৈঙাল অসুম অসুম হেনগৎলক্তুনা অকিবগী মশক ওইরবা লম্মৈ ওইরক্লে। ফিভম অদুদা মিপাইবা পোক্লবা থোইবা তুংদা তোয়না য়েংলবসু চেনবদি লেপ্তে। অৱাবা খজিক্তুং হন্দোক্লবা তপ্লপ চৎপা মতমদু অহিংগী অরোইবা পূংজা নকশিল্লক্লে। ষন ইরোই হোইদুনা লাকপা কাঙবু অমগা লমথৈনবদা মহাক ঙাইহাক লেপ্লম্মী। মখোয় রেল লম্বী তুবৎ ফৈনা লাল্লগা অৱাং পাংনা চৎখিরম্মী। মখোয়গী মরক্তগী অমনা হায়রকপদু মহাক লৌশিনবা ঙম্মি, ' নপাংশিংদি জাগিজান নকখ্রে ' তাক্লকপনি। লোলগী অৱাবা লৈবনা মহাক হাঁ হাঁ হায়রম্লগা লাপথোরকখি । মঙোন্দা ৱাখল অমা লাকপদগী রেল লম্বী থাদোক্লগা ষন-ইরোই হোইরকপশিংনা লাকখিবা লম্বী ইন্দুনা মখা পাংনা মহাক কন্না চৎলম্মী।

ঙাইহাক চৎলবা তুংদা থোইবানা মাঙদা মী তরারোম চৎপা উরে। নোংঙানবগী পূংজাসু য়ৌরক্লে,মহাক্কী অৱাবা পূম্নমক মাঙখ্রবগুম নুংঙাইজে। থেংনরম্বশিংনা তাক্লম্বা মীশিংদু ওইরম্বা তারে খন্দুনা পরপ পরপ নকশিল্লুই। মখোয়গী ৱাখল চুম্মি,চৎলম্বশিংদু নেপালী ঙাক্তনি। হরাওরবা থোইবা অঙাং ওইরিঙৈদা ফাখিবা লোন্দা কৌরুই," দাজুখোয় কদাই য়ৌবীগদবনো?"

" নঙদি কদাইদনো?" অমনা ওনশিল্লকখি।

" হোজাই য়ৌজগে।"

" হোজাইদা য়ূম লৈব্রা?"

" লৈতে, ঐদি মণিপুরদগীনি । মফমদুদা লৈবা মরুপ অমা উনবা চৎপনি।"

" কদোমদগী লাকপনো?"

" শিল্লোংদগী ।"

" শিল্লোংদগী ? অসুম খোঙনা?" অহল অমনা ফাগি তৌরকখি।

" হোয়, ছপরমুখতগী খোঙনা লাকই, মফমদুদা রেল গাড়ীদগী কূমথহৌরে।

" হোজাই ষ্টেসন্দা কূমদ্রিবদি করিগী?"

থোইবা অচুম্বা হায়দোকপদা চিংনদে," ভারা কোন্নদবদগী ছপরমুখ ফাওবগী তিকেৎ কক্লগা লাকখি। মফমদুদা পন্থরুরগা অৱাবা হেনগৎলক্কদবদু খল্লুবদা অহিং চুপ্পা খোঙনা অসুম লাক্লবনি ।"

অহল অমনা হায়,"পুকচেল শেংবা, চুম্না চৎপা হায়বসি মণিপুরীশিংগী ধর্মনি হায়বা তায়। ঐখোয়গী রাজকুমারী অমনা নখোয়গী মহারাণী ওইখি। নখোয় ঐখোয় অমত্তনি।"

নুপা অমনা মরক থৎলকই, " পাখং, নঙ অহিংসিদা অসুক শাংবা জঙ্গলগী লম্বীদা নথন্তা লাকপা কিদব্রা? দাকু অমসুং শা-কৈ য়াম্না লৈবনি খঙদ্রা, অদুগা লম্মৈসিগী মরক্তা তারল্লবদি করি থোক্কনি?"

" কি, অদুবু ইকাইবা নংগনি খল্লগা হেন্না ৱায়।"

তুংদগী খোঞ্জেল অমা তাবদা মখোয়গী ৱারী লেপ্লম্মী। শা-লালগী খোল্লাউনি।

"ঙাইখো ! ঙাইখো !"

খ্বায়গী অহলনা খাম্বদা ময়াম লেপ্পুনা তাল্লকপশিং ঙাইরম্মী। মখূৎতা খুৎলাই অমমম পায়দুনা চেল্লকপা নুপা কুন্থ্রামুক্তু য়ৌরক্লে।

" চাক্লিবা লম্মৈসি নখোয়না থারম্ব্রা? " মখূৎতা থাঙ পায়বা অমনা শাওনা লাউরকখি।

" ঐখোয় খঙদে।" খ্বায়গী অহলনা খুন্লম্মী।

" ওইদবা ঙাঙগনু, নখোয়না নৎত্রবদি কনানা থাগনি ?" খোন্দা ৱাওবা নুপাদু থাঙ হাইগৎলকখি।

" ঐখোয় নোংচুপ্লোমদগী রেল লম্বীদা লাকখিদে, অৱাংলোমদগী লাকপনি ।" নেপালী নহা অমা খুগ্রী শৎলি।

তাল্লকপা মীশিংদু মখোয় মশেল ওনশিন্নদুনা ৱা খর ঙাঙনরম্মী।

" কনাগুম্বা অতোপ্পা মীদি চৎখিবা উব্রা?" হংলকপা নুপাদু শাগৎপা হন্দ্রি ।

" উদে, ঐখোয়দগী কনাসু হেনগৎখিদ্রি। অৱাং পাংনা চৎখিবা ষন-ইরোই হোইবশিং নত্তনা অহিংসিদা কনাসু থেংনরমদে।"

খুঞ্জাশিংদু মখূৎতা পায়নরকপা তা লৈবাক্তা চপ চপ য়ুংলগা লেপ্পুনা

লৈহৌরে। থোইবা মশা থক থক নিকখিবগুম তৌই। মহাক তুমিন ময়ামগী তুংইল্লকখি।উমং মচা অমা লাম্থোরকপগা অমম্বা মাঙখ্রে, নোংপোকলোমদা খুঙ্গং মচা অমা উই ; মদু জাগিজান্নি হায়বা চৎমিন্নবশিংনা তাক্লম্মী। মখোয়না তাকপীবা লম্বীদা মহাক লৌবুক ফাওদুনা খুঙ্গংদু তল্লকখি।

থোইবা রেল লম্বী অমুক ইন্দুনা অঙনবা অয়ুক্তুদা য়াঙনা চৎলম্মী। মহাক্না খনখিবা মতম চপ চানা হোজাই থুংলবদা ময়ূম য়ৌরবগুম হরাওই। মহাক খুঞ্জিন্দগী অদুম বাবুরাম কৌবা নুপা অমগী য়ুম হংবা হৌরে। মী মরি মঙা শুরক্লে হংলকখিবা, খঙডি হায়বা অমত্তা য়াওদে। মমিং ওন্নরব্রা হায়বা মহাক চিংনরক্লে,অদুবু হনবা লৈতে,উনবা নুপা-নুপী পূম্নমক্তা বাবুরামগী শকফম, চহী মতাং,শাওং-শাদা,মানা লাঞ্জাও মমাঙদা পূং তল্লম্বগী ৱারীগা লোয়ননা হং-হংদুনা চৎলম্মী। কনানসু খঙডি হায়রক্ত্রবদা মহাক নীংবা কায়না খুল্লক্তগী থোরক্লগা লৌবুক ময়াগী পূথ্রী অমগী মপান্দা য়াম্না চোকথনা হাইদোরকপা নুংশা য়াইদুনা ফম্লম্মী, তশেংনা নুংবঙনরবনি।

থোইবা খল্লুবা ৱাখল অমত্তা মপূং ফাহনবা ঙমদে, মমিৎ পূমশা শারে, উইথরকপদা হকচাং কেৎ কেৎ চিংঙি। মীকুপ খরদি মহাক মরমদমগী কাঙজৈবূংদা নুংশা য়াইরি খল্লুরবনি। অদুবু নুপা অমগী খোঞ্জেলনা মহাকপু আসামগী লম্নি খংনিং নিংশিংহনখ্রে। মহাক্না মমিৎ পাঙথোরকপদা নুপা অদু মমাঙমক্তা লেপ্লম্মী,ঙক্না য়েংলম্বনি।

" সোম্বু মণিপুরদগী ওইবীরব্রা?"

" হোয়, ঐ মণিপুরদগীনি।" থোইবা মমিৎ ফাক্লি ফাক্লি খুমখি।

" বাবুরাম কৌবা নুপা অমা থিবীরম্ব্রা? "

" হোয়, থিজরম্মী, মহাকপু খঙবীব্রা?"

" সোমগী পরিচয় অমুক্তা হায়বীয়ু।"

" ঐগী মিং থোইবা কৌজে,মণিপুরগী ককচিং হায়বা লমদুদগীনি।"

" থোইবা !" নুপা অদুনা থোইবাগী পাম্বোম অনী তাপ পায়দুনা চিংখৎলগা চেৎনা কোল্লম্মী। " নঙ পাখঙ ফারম্লবা, নয়াম্ববু কাউরমদ্রি?"

থোইবাগী মমিৎতা নুপা অদুগী মশক্কা মহাক্না অঙাং ওইরিঙৈদা

উখিবা বাবুরামগী মশক্কা পূনশিন্নখ্রে।

" তাদ !"থোইবা বাবুরামদা মুন্না য়েংঙি, মমিৎ অনীমক্তি পিনা কুপখ্রে। " ঐ নঙবু য়াম্না ৱানা থিরকপনি। কনানসু খঙঙি হায়রক্তে।"

" ঐগী অশেংবা মিংদি বনবিহারী কৌবনি, বাবুরামদি নখোয় ইপুবোক্না থোনবীখিবনি, স্বাইদদি মিংসি খঙনদে। নঙনা য়াম্না ৱানা থিখিবগী পাউ অহল অমনা তম্লকপগা ঐ তান্নরকপনি।" বাবুরাম ঙকপা হন্দ্রি, " ঙাইখো, নঙ কদোমদগী লাকপনো? য়াম্না চোকথনা উরে।"

" শিল্লোং চৎলুবনি, তাদ।"

" নখোয় লাইরিক হৈবশিংগী চৎফম্নি। ফরে,ৱারী কোন্না শানসি, ঐখোয় য়ূম য়ৌশিনখিসি।"

বাবুরাম্না মাঙ চিংদুনা লাকপদা থোইবানা মখোয় ইমুংগী ই-পাউ পূন্নমক তম্লম্মী। মহাক্না শিল্লোংদা ইন্টরবিয়ু য়াওরুবগী ৱারী লী। শ্রেল্ল কোন্নদবদগী অহিংদা লাকখিবা খোঙচৎকী মতাংদি খাক্তুনা থমখিবনা বাবুরাম্না থোইবা হোজাই ষ্টেসন্দা রেলগাড়ীদগী কুমথহৌরগা মহাকপু থিরকপনি খল্লি।

মমায় নোংপোক ওন্দুনা ফৈনা শাবা য়ূমগী শুমাঙ অকোয়বদা হৌবা ক্বা অমদি য়ুবী পাম্বী মরক্তা নুপী অমা চেঙ খপ্লম্মী।

" ইচে, পাখংসি মণিপুরদগী ইনাওনি।" বাবুরাম্না তাক্লকখি, " মমিং থোইবা কৌই। ঐনা মতম অমদা পূং তমদুনা লৈরম্বদু মখোয়গী য়ূমদনি, মখোয় ইপুবোক্লনি ঐবু তম্বীখিবা।"

" লাও, লাও," মৌদুনা য়াঙ্কোক থম্লগা মাঙ্গোল দারি মচীন্দা ফাল অমা থাই। " ফম্মু ইবুংঙো। নুংশিদা ইপ্পাদি, য়াম্না ৱানা উরে, পোত্থানবা তৌসি।"

থোইবা ইকাইজরি," য়ানি ইচে।"

" ইনাও, অসিদা ঙাইহাক্তং পোত্থারমখো।" বাবুরাম্না মাঙ্গোন্দা থাবা হিদাং অমদা মখূৎ থিল্লি, " হঙ্গোয়গনু, লৈরমখো। নয়াম্বা কৈথেল য়ৌরুখিগে।"

থোইবা মশা-মউ থীনগায়বনা লেঙনিংদ্রবনি। য়ূম্নু মচেনা পীবা খুদৈ অমা হোংদোক্লগা ফক্লোংনা খাজিনবা হিপফমদা মহাক কাখৎলে।

য়াম্না নুংঙাইনা তূম্লুবা থোইবা হৌদোরকপা খোঞ্জেন্দু মমাগীনি খন্না মমিৎ পাঙথোরক্লম্মী, অদুবু ওন্নবা ফিভমদা লৈরম্বদা কপ্লিংলকখি। য়ূম্বু নুপী হৌদোকপা লেপত্রি।

" ইবুংঙো থোইবা, চাক লোইরে, হৌগৎলো ; ঈরুজরসি।"

" ফনি ইচে !" থোইবা হৌগৎলে।

থোইবা আসামগী মৈতৈশিংনা গৌড়িয়াদা লম য়ৌবগী ৱারী তাখিবনা বাবুরামগা লোয়ননা ঈংলবসু ইঙ্খোল মনুংগী পৃখ্রীদা ঈরুজরুরে। শুমাঙ নুংশাদা মখোয় অনী ফমদুনা মচেনা চাক পুথোরকপা ঙাইরম্মী ।

" ইনাওবু পীজনিংবনা লাঙবনি,হাও-হাওতবা, পুক থন্নবদি চাসিকো।" চখোম থাঙ্গৎলকপা বাবুরাম্না হায়।

" য়াম্না হাওখ্রেবো তাদ, করি ঙা ওইরবনো?"

" কুরিনি, মণিপুরদদি লৈতবনি ।"

" ইচেনসু ফজনা থোংবীখ্রে।"

চরা অহূম পুরিনা তঙ্খাই-তঙ্খাইদা লেনখিবা থোইবা মৈতৈগী অশেংবা চাক এঞ্জাং চাবা ফংবদা তশেংনা পেঞ্জবনি।

" হোয়, ঐখোয় ইচেসি থোংব-থাকপা ফজনা হৈ। মপুক-মপাউসু ফবনি। অদুবু ইচেসি মরাইবক থীরে, ইবাই লৈখিদবা চহী অনী শুরে, অঙাং অনী থম্লম্মি। অহল-লমন লৈখিদ্রবা তুংসিদা মহাক্না ঐগী ইমা-ইপা শক্লবনি।"

" ইচেগী পুন্সিবু করম্না নুংশিরোই? মপা থুংবসি য়ামদেদা তাদ ।"

" অদুবু ইনাও, পোৎলূম অমদি নল্লরে ।"

" তাদনা মদু হরাওনা পুবীবগীদমক থাগৎচরি।" থোইবা ফল্লপ বাবুরামদা য়েংলম্মী ।" ইয়াম্বদি ইতৈমা পুশিনবীখিরোইদ্রা?"

" থিবা হোৎনরি।"

চাক চারিবা পাখং অনী থৱায় তানা নোক্লম্মী।

চাক চাবা লোইশিন্দুনা মাঙ্গোলগী ফক্তা ঙাইহাক ফম্লিঙৈদা মচেনা তাম্বুল পুথোরক্কুনা পীরৈ। তাম্বুলনা মমায় খজিক্তং ঙাংহল্লবা বাবুরাম্না হায়, " ইনাও থোইবা, ঙাইহাক কোয়থোক্লুসি, হোজাইগী মরুপ মপাং

খর খঙনৌ ।”

“ তাদ, ঐগী ফিশিংদু য়াম্না মোৎখ্রে ।”

“ নঙনা তূপ্লিভৈঁদা ইচেনা শূখ্রে, কংখ্রবনি ।”

মহাক্কীদমক য়ূম্বু মচেনা ৱাবীখিবদু খল্লুরগা থোইবা ইকাইজে, নুংঙাইজদে । অদুবু মহাক মচেনা পুথোরকপা অরূবা ফি হোংদোকপদা হরাওদবা ঙমদে ; বাবুরামগা কোয়বা থোকমিন্নরক্লে ।

বাবুরাম্না মরুপ-মপাং কয়াদা থোইবাবু শক তাক্লম্মী । মণিপুরদগী লাইরিক হৈবা মনাওনি হায়না চাউথোকচৈ । মৈতৈশিংতগা শকখঙনহনবনা পেল্লক্রুবদা বাঙ্গালীশিংগসু উনহল্লি। বাবুরাম্না থোইবাগী লাইরিক হৈবদা ৱাংনা শীংথারম্মী। মমৈথংদা মখোয় অনী বাঙ্গালী স্কুল মাস্তর অমগী য়ূমদা চঙদুনা ফল্লম্মী। মাস্তরজীগা থোইবাগা ইংরেজীদা ৱারী শানবা তারগা বাবুরাম মখূৎ নোইর নোইরদুনা হরাওনা নোকচৈ। মাস্তরজীগী তেবলদা তাবা গৌহাটীদা নুতিগী ফোঙবা ইংরেজী খবর অমা থোইবানা পায়খৎলুই । ময়াইগী হেদলাইন য়েংলগা মহাক ঙক্তক পারম্মী।

‘ লম্মৈনা মাঙ-তাকহনখ্রে।

ঙরাং অহিং অকিবগী মশক ওইববা লম্মৈনা জমুনামুখকা তাইনবা অচৌবা বন অমা তূম্না চাকপদা আদিবাসী খুঙ্গং মচা অনীসু য়াওখ্রে। মৈগী হৌরকফম শেংনা উহৌবা, অহিংদা য়ক্ত তৌরুবা মী অহুম্না পীবা পাউগী মতুং ইন্না নোংয়াই মতুংদা মীনি-লাইনি খঙদবা অমনা থারম্বনি হায়। অহানবা উবদা ফি-শেৎতবা মূর্তি অদু অঙৌবা অমসুং অমুবা ফিজোল মথং মথং হোংলবা তুংদা মফম খঙহৌদনা মাঙখি।’

খবর পারিবা থোইবা মায়থোং লাংশিল্লি। মথ্বায় কন্নবা হোৎনরুবা চেকশিন্দবা থৌওং অমনা থোকহনখিবা অমাঙ-অতা, অকি-অখংগীদমক মহাক খাঙঙমদনা অৱাবা ফাওই, প্রায়চিত তৌফম থোক্লবনি খল্লম্মী । ঙাইহাক খোঙলোয় ওইখিবা নেপালীশিংগী ফিরেপ অদুবুদি মহাক্কী পুক্লিংনা নৈনদবা ঙমদ্রে।

# ১১

মতম খর শুগুদা লৈরুবদগী থোইবাগী ৱাঙাঙ অমসুং থৌওংদা অহোংবা অমা লাকখিবতা নত্তনা শঙ্গসু ওনখ্রে। মহাক নোংমনা নম্বোলদগী মরুপ খরগা চৎমিন্নখি, অতোপ্পা নুমিৎ অমদনা লম্লাইদগী পাখং খরনা থিরৈ। অয়াম্বা মতমদা মহাক যূমদা লৈরক্ত্রবনিনা মমা-মপাগা নে-না তানা ৱারী শান্নরক্তবা মতম কুইরে। চৎথোকখিবনা হানখিবা তারে খন্দুনা ৱা খর হায়হৌনবা থাবল্লে মচাগী কাদা চঙলক্লম্মী।

" ইবুংঙো, নুপামচা, ঙসিদি ইমা ৱা হংগে । নঙ যূমদা লৈতানা লৈরক্তবসি মতম কুইরে, কদাইদনো চৎলিবসি ? নুমিৎ চুপ্পা নশাসি ইচিনতা চিন্না উই, লাঙলিবা থবকসি করিনো? নঙনা চৎথোকখ্রবা তুংদা অথাপ-অথাপ্পদগী মরুপ্পি হায়বশিংনা তৎতনা হংলৈ ; তাকফমসু খঙদ্রে । নতৌসিদা ইমা ৱা হায়নিংলে । অরেম্বদা অসুম লাঙদুনা লৈরবদি করি ওইজগদৌরি? য়েংঙু, ইমুংসি ঈশিং ঈচাও ঈনাঙ তারকপদু মঙাইরে । অসুক চাউবা পোৎলূম্ম মী অমখক্তগী কোকথক্তা থোঙ্গৎপসি মীনুংশি য়াওদবা থবক্লি ।"

" চুম্মি ইমা, ঐ খঙজে ।" থোইবা তপ্না হায়। " ঐ বাজীগী মতেং পাংবা মতম য়ৌরে । ঐঙোন্দা আশা থমদুনা ইমা-বাজীনা কয়াদা ৱানা ঐবু লাইরিক তমহল্লকখিবা। ঐবু সংসারগী মঙাল খর উহনবীরে। অৱাবদি, মী অরেম্বা ষন অপোইবগা পাংখক ওইরবা ঐনা ইমা-ইপাগীদমক

করিমত্তা তৌবা ঙমদনা লৈরি। তাঞ্জা লৌবা হৈবা মরুপ-মপাং কয়াদি মমা-মপাশিংবু নুংঙাইনা, লৈতানা লৈহনখ্রে। অদুবু ঐদি কদাই, ইমা-ইপাবু লৈখোমদগী চিংখৎবা ঙমদনা লৈরবনি। লৈবাকসিগী সরকারগী থৌশিল অমদি মীয়ামগী চৎনরিবা মওংসিদা ইরোমদোম লেপচনবা উপায় ফংগদবা মানশিল্লক্কে । ঐগুম্বা নোমফম শূফম লৈত্রবশিংনা হিংফম পীয়ু লাউনরক্লি । অমরোমদনা শেল থোক্তবা মচাবু কয়া কুইনা মমা-মপানা চানগনি; মীরক্তনা করি ওইনা শীংথানৈ? পুন্সিদা মায়থীরে খল্লবা ঐগুম্বা কাঙবুসিনা করিবু অমুক য়েংখিগদৌবি, হিংনবগী নুংঙাইবা মহাও তংনিংফম থোক্তব্রা?"

" মরাইবক ফবা, ইনাক খুনবা অমদি নুংঙাই-য়াইফবু কল্লক মীহৌবা ফত্তে।"

" অব্রা-অনং পূম্নমক লাইবক্তা ঙাক তাইনবদি লানগনি। লৈবাক অসিদা ঐখোয়গী চাকথুং করিনো? নুংঙাই য়াইফবনা মখোয়গী, অব্রাবনা ঐখোয়দা ইনশিন্দুনা মীরোল কয়া নমথরগা থমগদৌরি ? মসি য়ানিংফম থোক্তবনি ।"

" অদুদি করি তৌবা তারিবা?" থাবল্লে মচাগী ৱাঙাঙদা থব্রায় ৱাজৈ।

" করি তৌরুনি ইমা, মীরেম ওইদনবা, তুহৎপীবদগী নাম্থোকচনবা লংফৈ চৎপা তারেদনা,তুংগী লাইবক্কীদমক।"

" কনাগা?"

" লাইরবা কৌবা নরক্তগী কাখৎপা ঙমদ্রবা মীওই কয়া লৈরি, মখোয়গা। কোকথোং পুরিবা শাপকী পোৎলূম অসি থাংথনবা উপায় থিবা ঙম্ব্রা য়েংলগে ।"

" করি লমদা চৎকদৌরিবা লংফৈনো? নঙগী ৱাসি ইমা লৌশিনবা ঙমদেকো ইবুংঙো।" মচাগী মতৌসি থাবল্লে তশেংবমক হৈনদে।

" ইপা-ইপুগী খোঙ্গুল তাহৌবা লমদমদা।" থোইবা য়াংতক নোক্তুনা মমাগী চিংনবা কোকহন্নবা হোৎনৈ," চীং-মান্দা থবক শূরুগদবনিদা, ময়ামসু চৎনরিবসিনি লাপ্লা লাপ্লা ।"

" নহাল অমুকসু থা মরি চুপ্লা মনিল-মখোল করিমত্তা তাহন্দনা

লৈথোকখিবদা ঐখোয় কয়াগী মতিক ৱানখি, মদুমদি য়াদ্রেকো হন্দক্তি।”
পেন্দবা শকফম লোইনদুনা মপান থোকখিনবা মখোঙ থাংদোক্লুরবী
থাবল্লে ৱাফম অমা খংনিং নিংশিংলকপগুম অমুক লৈশিল্লকখি, “
ঐ নঙোন্দা ৱা অমসু হায়নিংদুনা চঙলকখিবনি।”

“ করিনো ইমা?”

“ নচল নুপীসি থাজখ্রসি।”

থোইবা শ্বাই লাওই, ইঙক ঙক্লা মমাদা য়েংলম্মী। নুংশিরবী মচলনি। ইমুংগী লৈতবা উবদগী ফনেক অনী শুনা শেৎচদ্রবীনি। অৱ্ন-অপান,অকে-অম্মৌ মশক খঙদ্রবী মচনগীদমক থোইবা য়াম্না নুংনাংজৈ। মচলবু য়াইফহন্নিংবনা মমাগী ৱাফমদু ময়েক শেংনা খঙনিংলম্মী।

“ কনাদা?”

“ নিংথেমদা।”

থোইবা তুমিন লৈ। নিংথেম্না মঙোন্দগী নাওরোল অমা হল্লবসু মহাক্কা অঙাং ওইরিঙৈদগী তিন্নরকখি। ফত্ত-লৌশিংদা থৌরিবা অদুম হায়না মহাক্কী বুদ্ধিনা লাইরিক্কা শৌজিন্নবা য়ারম্লবদি নিংথেম ফাওদনিংঙাই লৈরোই। মখূৎ-মশা শাংবনা লাঞ্জাওগী মতমদা সিফাই অমত্তনা মাবু নুংশিবা উৎখিদে,হেক্তো তানখিবনি। অদুবু নিংথেমগী মপা মচিঞ্জাক চায়, খুলগী মচীন তোঙবা মীশক ওইরি, খূৎকন পাঙ্গল্লি। ইমুংদুদা লৈরুবদা তমুবী লাইর-মৈশাদি লাংলরোই। মুন্না খল্লুরগা থোইবা মমাগী ৱাফমদু য়ানিংখি।

“ বাজীনদি করি হায়রি?”

“ মশানবু য়ারবদি ফরে হায়রিবনি। শেলদা মীদা ৱাৎত্রব শাগৈনি।”

“ মশানদি?”

“ হংবদা খুম্মু হায়বা য়াদে, নঙনা মঙোন্দা ৱাহৈ অমত্তং হায়রবদি য়াগদ্রা খল্লি।”

মচলবু লাইর-চক্রনুংদগী নাম্থোকচখ্রসনু খন্দুনা থোইবা মহাক্কী মত পীনিংলে।

“ নৌরিবনি,অদুবু ইমাখোয়গী অপাম্বদু য়েংসি,অঙাংদু অসিদা

অমুক্তং কৌশিনবীরম্মু ।”

“ কন্না থেম্মুকো নচলদু।”

থাবল্লৈ থোকখিবা ইকুই কুইদনা তমুবী চঙলকই । মহাকপু কৌবগী মরম য়াম্না খঙনিংনা মবুংদা য়েংলম্মী।

“ তাচৌ .....?”

“ নঙোন্দা ৱা অমত্তং হায়গে কৌবনি।” থোইবাগী পুক্লিং ইনৌ নৌই।

“ করি হায়বনো ?”

“ নঙ ইমাখোয়না হায়বা ইল্লু, নিংথেমদা লৈয়ু ইবেম্মা ।”

“ এ ! অদুগী ওইরে । ঐগী লাইরিয়ে, নঙগীদুম হান্না খন্নখিসি ।”

খুদক্তা মপান থোকখিবী তমুবীনা মী খরগা ৱা ঙাঙনখিবা থোইবা তারম্মী । মচন্দু থোঙদগী অমুক লিৎশিল্লক্লে ।

“ তাচৌ, মী লাকই ।”

থোইবানা মপান থোরকপদা মহাক্কী লেংগা ওইবা পাখং অনী শুমাঙদা লেপ্লম্মী। মখোয়বু মাঙ্গোন্দা কৌখৎতুনা মহাক্না ফম্মিন্নখ্রে । পাখং অহুম ৱারী শান্নরিঙৈদা সমপুবী চীংমী নুপী অমা থোঙ্গাল্লোমদগী চঙলকই । নুপী অদু পন্দনা শুমাঙ য়ৌশিল্লক্লে ।

“ ইচা নুপাখোয়, আইমোল য়ৌবা লম্বী কদোমদনো ? ইমাদা খর-তাকপীয়ু ।”

য়েনখাদা লেপ্লম্বী থাবল্লৈনা সমপুবীবু কৌশিল্লম্মী, “ চঙবীরকউ ইমা,করি খুন্দগীনো? পোত্থাবীখো,লম্বীসু তাকচগে। অইমোলদি পল্লেল্লোমদা,নোংপোক পাংনা হাইগৎকদবনি ।”

“ ঐ সগাংদগীনি । ঙরাং মান্তক্তা লেকপনি । আইমোলগী মরী-মতা অমগীদা চৎপনিদা ।”

“ ঐখোয় লম্বী তাকচগে ।” মাঙ্গোন্দা ফম্লম্বা পাখং অহুম ফুক ফুক হৌগৎলি । মখোয় চীংমী নুপীদুগা লোয়ননা থোঙ্গাল্লোমদা থোকখ্রে ।

নুমিৎ ফনা য়াম্না ৱাংখৎলক্লবা ফাওবা তমুবী চাক থোঙ্গৎতনা লৈ, মবুং হঞ্জিল্লকপা ঙাইবনি, মহাক্কী মরুপ অনীদুগী চাক হাপকদ্রা নৎত্রগা হাপ্লোইদ্রা, নীংজিং মাঙজিংনরি। মহাক্না অঙাং ওইরিঙৈদা অহলশিংনা

হায়নবা তাখি — অৱাশিংদি লম্লানবা মীনা থল্লম্বা ফি লৌরদ্রিফাওবা মীদুগী চাক হাপকনি । মদু নিংশিংলগা মহাক চাক খর থোইফম থোকই খন্দুনা চাকখুম চঙলে । শাজৌ অমসুং থাবল্লৈসু থোইবাখোয় হঞ্জিল্লক্তবগী ৱারী শানরি । তহা-তহা নোংমৈ পায়বা পুলিস নুপা তরুক দারোগানা লুচিংদুনা চঙলকপদা ইমুংগী মী পুম্নমক ইঙক ঙক্লে ।

" য়ুমসিদা চীংমী হনুবী অমা লাক্লম্বা?" দারোগানা হংঙি।

" লাক্লম্মী," থাবল্লৈ পাখৎলপ খুমখি, " অদুবু চৎখ্রে ।"

" কয়া কুইরবগে?"

" কুইরে, পূং অমা হেল্লগনি।"

" মায়কৈ কদোমদনো চৎখিবা?"

" নোংপোক্লোমদা, আইমোল য়ৌবা লম্বী হংলম্বনি।"

" লম্বী তাকপা মী লোয়নখিব্রা?"

"হোয়, ইচা নুপাগা অতোপ্পা পাখং অনীগা লম্বী তাকপা থোকখি।"

পুলিসশিং য়াম্না থুনা চৎখিরম্মী।

চীংমী হনুবী অমা লম্বী তাকপা চৎখিবদগী হল্লকখিদ্রবা থোইবাগী মরী-মখোঙ থিরুফম খঙদনা লৈরকপা চহী অনী হেল্লক্লে । মহাকপু নিংথি তুরেল মপান্দা তাবা মৈতৈ খুঙ্গং অমদা থেংনরম্মী হায়না লংফৈ চৎপশিংনা পাউ পুনরকই, খরনা তন্নৈ-কছাররোমদা লৈহৌই । য়ুম্ফম য়াওদবা পাউনা অয়াম্বা ওইবনা শাজৌ মচাবু থিরুফম খঙদ্রে । কৈরোয়-লৈকাই নুপীশিংনা পুশিল্লকপা পাঞ্জি মাইবশিংগী ৱারোন্না মমা-মপা নুংঙাইহন্দে । মাইবী অমনা শেলমিৎ য়েংবগী লাইপাউদা হায় — ' য়েৎকী লমদাং ওইবা শমু মীকোক মরি নোংপোক পাংনা হাইগৎখিবসি খোঙ্গুল উৎলু য়াদ্রে।'

অসিগুম্বা লৈবাক-খূৎলৌ য়েংবগী ৱাফমসি মমাঙ থাজদবা কয়া লৈরম্লবসু অৱা-ঈরৈ চেনবা তোয়শিল্লকপদা শাজৌ মচাগী চিন্তা কন্না পুরে। থাবল্লৈদি লন্দোন্নসু পাংশিল্লকপনা অনাবগী শকফম চেল্লবনি। মখোয় অনী থবক অমত্তা চনীং তানা শূবা ঙম্লক্রে ।

শেল থৌবা মী লাক্কনি খল্লুবদা থাবল্লৈ নোংমতসু ময়ূমদা লৈতানা ফমজবা ঙম্লমদে। লুরিবনি, হিয়াঙ হোল্লিঙৈদা তুম্বাগী শেন্থৌবগুম

ক্ষেতিপুরন ব্রানোম্বা কাঙবুনা লূপা য়াঙ্খে পীদবা য়ারোইসু হায়রম্লি। চৈরকসিদা নিংথেমগী মমা-মপানা লুহোংবগী নুমিৎ লেপ্পরসি হায়না তকশিল্লকপনা মরোল অমা। লুহোংলগা মচা নুপীবু তরক তরক মশা ঙাক্তা করম্মা থাখিগদৌরি খল্লুরগা মতম য়েথোক য়েথোক্তুনা লাকখিবনি। মদুমক্লা মমা-মপা অনীদা পোৎলূম অমনসু নল্লরি । পোকপদগী নুংঙাইবা মশক খঙলক্রুবী,মচাগীদমক করি অউনপোৎ লাঙগদৌরি, মতাংসিদা মখোয়গী মায় থমগদবসি কদাইদনো?

ইকাই ইকাইনা শাজৌ তমুবীগী লুহোংবগী থবক মরুপ-মপাংশিংনা পাংবীরকপা মতেং খরনা অউনপোৎ লাঙদুনা পাঙথোকখ্রে । পেন্দবা অমত্তা উৎলমদবী তমুবীনা দোলাই কাখৎলমদাইদা মবুংবু কৌদুনা কপখি। মচা নুপী থিনখ্রবা মতুংদা মমা-মপা অনী চীংয়াগী অহাঙবা যূমদা তাইবংগী হরাও তয়াম্বা পূম্নমক মুনবীখ্রবগুম য়াম্না তোন্থনা লেল্লন্মী।

চহীদু শাজৌ মতৈ-মনাওনা ফাইরেন থাদগী হৌদুনা লাংবন ফাওবা নোংমতা লেপ্তুনা,য়েনখোং অহানবদগী নুমিৎতাবা ফাওবা, শূজ-নোমজখিবা লৌবুক্কী থবক অরেম্বা তাখি, পোইনুদা থাঙ্গোল থানবা ফৌ লৈখিদে ; অকনবা মরেক্কা লোয়ননা উতোং শাৎখ্রবনি । শঙম তরুক্তগী তাশিন-খোমজিন্দুনা লোকখিবা ফৌ-শংবাই কুম্লাদগী হেনখিদে । লৌশাল ওনগদবা শংবাই কুনমরিনি । ষন হাকথং শূবগী নামৎ মেনখৎপদা শংবাই মরি পীগদবসু লৈ। চহী অমা চুপ্পা লৌবুক্তা লৈখিবা মী অনীগী খূৎশুমল ফৌ শংবাই অনীগা শক্লরে। পূশিল্লুবা ফৌ শংবাই কুন মথোইগা পুৎথরে। লৌপুদা লৌশাল খর তাবীনবা হায়জরুবদা মথং চহীদি উহল্লরোই হায়রকখি, লৌ শৎখ্রগনি কিবনা ফৌশীং শুনা ওন্থোকখি। মতম পূম্বদা লুকথরবী থাবল্লেবু শাজৌনা থেমজিনবদা ব্রাদবা শাই।

" নোংমৈ কন্না হোৎনরসি।"

" চেনবা য়ারিব্রনে?" থাবল্লেসু থৌনা খোমজিল্লি।

" ঐ লৈরিবসিদি," পাম্বোম অনী থাঙ্গৎলকপা শাজৌ মায়থোং মক্লা নোকই, "ঐখোয় হিংখিগনি,লাইরবা পেন্দ্রি।"

" হেক শিদ্রি ফাওবদি নোম্বা তারেদনা।" থাবল্লে মপুরোইবগী

লাইবক্কী অখুইবা উন উরগা নুংগী অৱাবা কুপ্তুনা থম্বা ঙম্লক্লে, "হাকুমগুম নারবদি কুমসিদি লৌ শূবা ঙম্লরোই ।"

যূম্বাল্লকঙৈদগী থাবল্লেনা থবক খুদিংমক্তা অকিবা উৎলক্লি। ইমুং-মনুংগী নুপীগী মথৌদগী হেন্দোক্লুনা নুপাগী থবকসু লামশিন্দুনা লাকখি, কনাদগীসু শোৎথরক্তবীনি । অদুবু ঙসি মহাক্কী চীন্দগী শোল্লক্লিবা ৱাহৈশিংসিনা মপাঙ্গল মযেং তাবক্লব্রা খল্লুরগা শাজৌ পুক্লিং নুংশি। মচানুপাগীদমক মহাক্না কয়াগী মতিক ৱাজখিবা, মচাবু মতমপাক্তা পমজবা মিৎকুপ্তুদা মহাক কয়াদা চাউথোকচখি, মঙোন্দগী হেন্না নুংঙাইজবী অমা লৈরম্লোই খঞ্জখিবনি, অদুগা হৌজিক মতেং পাম্লক্লবা মতমসিদনা মনাক্তা ফাওবা লেপ্পীরদ্রে ।

' মৌনা মপাম তোয়না চৎপা,মমাগা শেঙ্গাও পূন্দুনা তোরো-খাদনবগী থবকসি ঐখোয়দি তুক্কচৈ ' হায়বা তমুবীগী মনেম্বোক্লা নোংমা মতেক্লা যৈবগী ৱাঙাঙ অমা তৌরকখিবদগী থাবল্লে মচা নিঙোলগী যূমদা ইচৎ চৎনিংখিদ্রে । মপামদা পাথৈ-হুমথৈ হায়বা মনেম্বোক্কী ৱাখল উবনা তমুবীসু মমা-মপাগা উনদবা কুইরে। য়াম্না তাঙনা নোংফাদোক কোয়রকখিবা নিংথেম মনেম-মকুগী অৱাৎপা পূম্নমক খুদক্তা থারক্লগদবগুম চাউনা চাউনা ঙাঙলম্মী, অদুবু মখূৎতি খক লাম্থোরকখিদে। শাজৌগা থাবল্লেগা কনা লৈজদ্রবগুম নাইতোম পুন্সিদা লেল্লকপা মতম শাংলক্লবনি। থাবল্লেনা নারবা মতমদা ঈশিং পুন্থাং অমা শোকপীনবা, ফৌ শুম্বল অমা শুবীনবা মী তাঙলে ।

মবক খর নারুবদগী হৌগৎলকপা কুইদ্রিবী থাবল্লে, তৌবীনিঙাই লৈতবনা,নুমিৎ লৈথরকপগা য়েনখা উরুমদা ফৌ শুদুনা লৈরিঙৈদা থোঙ্গাল্লোমদগী চঙলকপা নুপা অমনা মঙোন্দা চে অমা পীরৈ । চেগী মরোল খঙনিংবদগী মহাক পাখৎপনা হেল্লি ।

" করিগী চে ওইরবনো?" থাবল্লে মখূৎ তিংথোকপা ঙমদে।

"ইতৈমা, নুংঙাইবা পাউসি, চেকশিন্না থমজিনবীয়ু ; ক্ষেতিপুরনগী চেনি । য়া য়া শন্দোকখিবা ফত্তে, শেলগী কানি।"

" ইনাও মরোলদুবু করি হায়বা?" থাবল্লে মকোক উৰু উৰু ঙাওখিবনা চে লৌগনি কাউখ্রবগুম নুপাদুদা মুন্না য়েংঙি, ইপা পাখৎনা

স্বর অমত্তদা হংখি। “ ক্ষেতিপুরনগী চেনি হায়বা?”

“ ইতৈমখোয় ইনাক খুনবা মী ওইগদৌরেদো । তাধন লৈরম্লবদি হয়েং শেল ফংবা নুমিৎতা ঐগী ফৈজোম অমত্তং লৈবীরম্মু হায়জগে খনবনি ।” নুপাদুনা নোক্কুনা হায়, “ ইতৈমখোয়না ফংবসি ঐ ইশামক্লা ফংবমুক হরাওজবনি ।”

“ করিগী লৈরোয়দগে, ইনাওসিদি ।” থাবল্লে জ্ঞান খর লাক্কুনা চে লৌশিল্লি । “ শোয়দি শোয়ররোইকো?”

“ শোয়দ্রবনি ইতৈমা, ঐহাক লৌরুংশঙগী মীনি। চিংনবীরবসু লাইরিক হৈবা মী অমবু হেক য়েংহনবীরো ।” চে পুরকপা নুপা নুংঙাইজবা উৎলি, “অদুদি ইতৈমা, ঐ অমুক চৎচরে । ঐনা নিজখিবদু তাধন্দা তশ্বীদবদি য়াদ্রে ।”

“ ফনি ইনাও, লেঙঙসি ।”

থাবল্লে মখূৎকী চে মীনা উখিগদ্রা খন্দুনা কোয়েং কোয়েং য়েংজে । ফজন. থুপচিল্লবা চে উপু মনুংদা থল্লুরগা ঙাইহাক ব্রাখল তৌই — কনাবু পাহল্লুসিগে । শ্রাদ্ধ চৎখিবা শাজৌ হল্লকপা ঙাইঙমদবনা মহাক থোঙ্গাল থোক থোক্কুনা য়েংবা তোয়রে । মহাক ইমুংদা অমুক চঙলক্কুনা চে লৌথোক্লগা য়েংলৈ,চেগী মথক্তা মোহর নম্বদুনা চিংনবদি ফনা য়াম্না কোকহল্লে অদুবু ফংগদবা শেলশীং অমদি নুমিৎ খঙনিংবনা লৈঙমলক্রে। লৌরুংশঙগী নুপাদুদসু হংহৌদে। মহাক্লসু খঙদবনরা তাক্লম্বসু তৌরমদ্রে। চেগী মরোল অদুতং পাবা হৈরম্লবদি খল্লুবদা থাবল্লেগী ওলাংবগী চাং ঙমখৈ লৈত্রবনি । উপু মনুংদা চে থল্লম্লগা মাঙ্গোল দারি নপ্পা মহাক ফম্লম্মী, য়েনখাদা য়াঙ্কোক্কী চেঙ শেন্দ্রাংনা য়োম্লিবদু তাম্হোক্কনি কাউখ্রে।

শাজৌ হল্লক্লে। মফি হোংদোক্লিবা মপুরোইবগী মনাক্তা থাবল্লে থক থক নিক্লা লেপ্লে।

“ পাউ তারব্রা?”

“ করি পাউনো?”

“ চে পীরম্লে।”

“ চে হায়বদি?” থোইবাগী পাউ ওইরমগদবোই নীংবনা শাজৌ য়েৎশিন্নবা ব্রাখন্দা চিংনরপ য়েংঙি ।

" ক্ষেতিপুরনগী চেনি।"

" ক্ষেতিপুরন ! কৈদৌঙৈ?"

" হৌজিক, সরকারগী মী অমা লাক্লগা পীরম্বনি।"

" কদাইনো য়েংগেনে।"

উপু মনুংদগী চে লৌথোক্লগা থাবল্লেনা শাজৌগী খুৎতা পীরম্মী। শাজৌনা হাংদোক্লুনা য়েংবদা ইংরেজী ময়েক্লা ইরম্লে।

" অসিদি কনাবু পাহনসিগে? গা গা তৌবসু য়ারোই।"

" নমাক নুপা য়েংহল্লুসি।"

" চুম্মি, অদুনা শোয়দ্রে।"

মাইল অমা মখাইরোম লাপ্লা লৈবা মমাক নিংথেমগী য়ুমদা শাজৌ থাবল্লেগা লোয়ননা লমজেল তান্নবগুম য়াঙনা লাকখি। চৎনা চৎনা খল্লকপা পুক্লিংগী ৱা থাবল্লেগী চীন্দগী মপান থোরকই।

" অহল অমনা তাকপীরম্বগী হায়রুরবদি শেলফমসি চাউরমফম থোকই।"

" ঐসু খল্লিবনি ।"

" ফংগদবা শেলশীং চেসিদা ইরম্লোইদ্রা?"

" ইরম্ফম থোকইনা।"

" হে ঈশ্বর ! য়োনখিবা য়ুম-ইঙ্খোল হঞ্জিনবা, মীগী শেন্দোল শিংদোকচবা,অদুগা লৌফম মচা অমত্তংগা লৈনবা ফংজরবদিকো ।"

" অদুবুদি ফংগনিদা । ষন পাবোৎ অমগা গাড়ী অমগনি য়ুম্বানবদা দবকার ওইরিবসি।" শাজৌদা শেলফম চাউনা ফংবগী থাজবা লৈ ।

" হো থোইবা ! ইমাগী ইবুংঙো !" থাবল্লে মপি তৈথোকই, " পূংফম অসিনি নঙনা কন্না ঙাইজরম্বা, মরম পূম্নমকসি নঙনা শীনগদবা মতম্নি ।"

" তোক্লো থাবল্লে ; ঐখোয়না মাবু মীরক তিনবা ঙম্নবা মহৈ তমহনখ্রে, মপাঙ্গল পীজনিংদবনা ঙাওশিন্নখ্রবা নচাদুবু।" শাজৌ চীন্দগী থোকখিবা ৱাহৈশিংসিগী তুংদা মমিৎতদি পিনা কুপ্লরি। " শেল অসি ফংবগা মনীং থুংনা লাইরিক মখা অমুক্তং তমথহনগে খল্লকপনি।"

মঙাইগী য়ুমদা লাকপদা থাবল্লে ঙসিদি মায়থোং মক্তে। মখোয়

অনী মাঙ্গোল কাখৎলকপদা নিংথেম থোরক্লনা ফিদা থারে।

" ইকুবোকখোয় করম্বা অচিন-অফাই লৈবীরবগে, নুমিদাংৱাইরমসিদা? ইবাইগী পাউকা .....?"

" নবাইগী নত্তে, ৱাফম অমা লৈরে। ইঙাইখোয়দি?"

" ইমাগা বাজীগা ৱারী তাবা চৎখি।"

" তম্বীদি?'

" কৈথেন্দা চেঙ খর তাইরুগনি হায়রম্বনি।"

" ফবে, ৱাফমদু অসিনিদা, ঙসিসি লৌরুংশঙদগী মী অমনা ননেম্বোক্তা চে অমা পীরম্লে।" শাজৌগী ৱাহৈ খুদিং চেকশিন্না চোংথোরকই ।

" করি চে ওইরবনো?"

" অদুনি, নঙবু য়েংহনগে,পাহনগে লাক্লিবনি, ক্ষেতিপুরনগীনি হায়রিনে ।"

শাজৌনা ফুরিৎখাউদগী চে লৌথোক্লগা মমাক্তা পীরম্মী। চে মুন্না পারম্বদগী নিংথেম পাখৎলপ য়েংলকই ।

" চুম্মি, ক্ষেতিপুরনগীনি ।"

" পীগনি হায়রিব্রা?"

" হোয়, লৌররো হায়রি।"

" শেল কয়ানো ?"

" চেসিদা ইদে ।"

" পীগদবা নুমিৎতি ?"

" অদুসু পল্লক্ত্রে, হংনরুবা অমা নাইগদৌরি ।" নিংথেম নাকন্দা অমুক্তং থৌদেম্লগা হায়রকই, " ঐনা চৎলগা হংজরুবনা ফগদমাল্লে।"

" হোযনে ইবুংঙো, নঙনা খর চেনবা তারে ।" মনেম্বোক্কী থৌদানি ।

" চিল্লবসু নাম্বোকপা মতাং ওইদে, হয়েংমক ঐ ইম্ফাল চৎলগা মরোল খঙদোকচরুরগে । চেসিদি ঐঙোন্দা থম্বীরম্লো ।"

নিংথেমগী ৱাফমদুনা ফরগনি খন্নবগুম মনেম-মকু ঙাইহাক য়েংনৈ । শাজৌনা মেল্লি, " মাঙখি তাখিদনবা চেকশিন্না থম্মু, মরোলদু

হেক খঙবগা পাউ পীরো ।"

" ঐ চেঞ্জরক্কে ইকুবোক ।"

নোংচুপলোমদগী ফুইনা হৌরকপা নোংগী মপৈ য়েংলগা থাবল্লে হৌগৎলকই; য়ূমদা ফৌরম্বা ফি, চাইখাইরম্বা পোৎ-চৈ পূম্নমক নিংশিংলকখি।

" তমুবী উনরগা চৎনিংবনি, য়ারোইদৌরি ।"

শাজৌনসু হায়," ইঙাই উনদবা কুইরে, উননিংবনি অদুবু ..... ।"

ঙাই পল্লকপদা থাবল্লে হেন্না পন্থনিংদবগুম তৌই । মরমদি মচা নুপীবু তাথী-তাওইনা তৌবীবগী পাউনা মহাক্কী নাকোং ফুল্লিবনি ।

" নোংনা হাল্লকপা তারে, চৎনবা তৌরসি ।"

" নিংথেম, ইপাখোয় চৎলে, থবক চেকশিন্না হোৎনৌ, নঙোন্দা শিন্নরবনিকো ।"

" ফনি ইকুবোক ।"

অকনবা নোং নংদনা শাজৌ অমসুং থাবল্লে ময়ূম য়ৌরক্লে ।

অহিং চুপ্পা শাজৌ তূম্বা য়াদবগী মথক্তা থাবল্লেনা হন্না হন্না হৌদোরকখি। মখোয় অনী তোল্লিবা শেল শেন্দোই য়াওনা পারম্মী। ক্ষেতিপুরন ফংলবনিনা কনানসু শেন্দোই তাবীরম্মু হায়বা য়াররোই খন্নে। থাবল্লে ঙাইঙমদনা খঙনিংবা অমা লৈ।

" য়ূম-ইঞ্চোল হন্দোকচরগে হায়রুবদা য়ূমজাও ময়ূম্না শেল কয়া হাপ্পু হায়রক্কদগে ?"

" ঙাইখোদা ; পৈসা হাপ্পগী ব্রাফমদু থমখিসি, হন্দোকচরগে হায়বা য়ারক্তুবসু খঙদ্রি ।"

" অদুদি মখোয়গী ধর্মদি কদাইদা লৈরে?"

" ইনাক খুনবশিংগী ধর্মবু করিনি খনবগে? মখোয়গীদি শেলনা লোইরবনি ।"

" অদুদি মখোয়গী ধর্মনা য়ানবা শেল য়াম্না হাপ্পা তারিব্রা?

" ইবেম্মা, অসিবু হৌজিকখক্তগী ব্রারনে?"

" কন্না হায়জসি, হন্দোকহৌদবা য়াদে।"

" নুংশিজৈ,পাম্মুজৈ হায়দুনা কৈদৌনি, পুঙম থাঙমদনা

হায়রক্লবাদ ।

" তাইবং মীনি মখোয়সু ।"

" য়ূমদু শাবদা ঐখোয়না ৱাজখিবদুনসু খক কাউদবনি ।"

" ঐদি লোইরে, তমুবী পুরিবা মতম্লি ।"

" য়ূম শাখিবসি থোইবানা চহী মরি হায়রকপদনি ।"

থোইবাগী মিং পল্লুবদা থাবল্লে তুমিন লৈরুবদগী শুৎ শুৎ কপ্লকখি ।

" ক্ষেতিপুরন ফংলগা ঐখোয়গী লাইরবা কোক্কনি, মাগী মনীং থুংবা মতম লাক্কনি হায়না তোয়না পঞ্জরম্বনি ইচাদু ।"

" ঐসু খনখিবনি ।" শাজৌগী খোঞ্জেল নেম্মি । " হৌজিক মনীং থুংজবা মতম লাক্লবনি ।"

" শেল-থুমগী মৈশাসি কোক্লবদি ঐখোয়না তৌগদবা অহানবা থবকসি মাগী খোঙ্গুল লীবনি ।"

" অশেংবা লল মাঙবা য়ারোই । য়ূম-ইঙ্খোল হন্দোকপা, লৌ লৈবা, মাল-চাং লেপশিনবা, খন্নরিবা পূন্নমকসি মাগীদমক নৎত্রনে ?"

" মাবু তশেংনা অৱা লৈবাক য়ৌখ্রবা জাৎলা ?"

" নচাদুগী ৱাখল মতাদুদা ঐ মদোমদা থাজরিবনি ।" শাজৌগী খোঞ্জেল ফাজিনখ্রে।

" অচেৎপা মরুপ অমদা মীয়ামগী থবক তৌসি, তুহৎপীরবশিংগীদমক লেপসি কন্না হৌরম্মী হায়বা তম্নরক্লে। ঐখোয়না পোকচবা ইচানা লৈবাক্কীদমক য়াইফনবা খজিক্তং তৌবা ঙম্লবদি ঐখোয় পোকচবগী মহৈ য়াল্লবনি ।"

" মীওইবগী কান্নবা থবক তৌবা হায়বসি স্বগগী লম্বী তানবনি। ৱাফম অসিদদি ঐখোয় অনীগী মত চানরি ।" চাউরপ ঙাঙখিবা শাজৌ ঙাইহাক লেপ্লুই। "হৌজিক্তি নচা নুপাদুগী খোঙ্গুল লীবীনবসি মশেল নিংথেম নত্তনা কনা লৈরিবগে ?"

" হোয়, হুন্দোক্লবা য়াদ্রবা, শেন্না শোয়রে পাইনা ঙাকপা, পাইনা ৱারে শেন্না কনবা ।"

ৱারী শানরিঙৈদা নোংঙানবা খঙহৌদ্রে । ৱারক্তা উচিনাওশিংনা

মচীন থীবা তান্নরে । উরেনকোন্থৌশিংসু ইশৌ কন্না লাংখৎনরকই। নোংগৌবীনদি তাইবংগী পুক্লিং ঈংথহনগে মতাগুম নুংশিরবা খোঞ্জেন্দা খোংলি । ঙসিদি শাজৌ অমসুং থাবল্লে হিংনিংবগী ব্রাখলগা লোয়ননা ঙন্তা য়াহৌদুনা অশংবা চীংজাউশিংনা লৈচিনগী অঙৌবা চরে থোনবা য়েংলম্মী ।

নীনিশুবা নুমিৎকী অয়ূক্তা নিংথেম মনেম-মকুগী য়ূমদা লাকখি, ক্ষেতিপুরন শোয়দনা ফংলগনি হায়বা পাউ তল্লে। ফংগদবা শেলফমদি শাজৌনা আশা তৌরম্বদগী য়াম্না তারে ; লূপা লীশিং অমগা চহুম য়াঙ্খেনি হায়রবনি। থাবল্লেগী হরাওজবা ময়েং খংহন হন্থে মরমদি ব্রানোম্বশিংনা লৌখিবা শেল আ য়ৌখ্রবনি। মখোয় অনীমক তাইনফম খঙদনা ব্রারৌরি, মরক্তুদা শেল লৌরুগদবা মওং নিংথেম্মা ময়েক শেংনা তাক্লবা হোৎনরকই ।

" ইকুবোক, ট্রেজরীদগী কায়রুরগা পুরকপা শেল লৌরুংশঙদা য়েনগনি। ইকুবোক ইশানা লৌবীরুবা অমা নৎত্রগা সহি অমত্তং শিন্নবীরগা ঐনা লৌজরুবা অমা, অনীমক য়াই। হয়েংদগী হৌনা যেনবা হৌরগদবনি। মীশক চুন্লে, শেলশীং শোযদ্রে হায়বা খুলগী চৌকিদারনা শাক্ষি পীগদবনি, লুপা অমা মীনম্নবা য়ারোই । সুম খঞ্জবদা ইকুবোক্লা ঐঙোন্দা শিন্নবীরগা ঐনা শেল লৌজরুবনা ফগদবা মাল্লি ; য়ূমদা নুংঙাইনা পোত্থাবীরম্বা।"

থাবল্লে ঙাইহাক থল্লগা হায়, " শুকশোয় হেক শোয়দনবা নকু-নমাক পূন্না চৎমিন্নরো ।"

" অনী চৎলগা কৈদৌননি", নিংথেম য়াংতক নোক্লম্মী; " মীগী মিৎয়েং চাউনবনি। শেল ময়ামদু ইকুবোক্কী খূৎতা লৈ হায়বা খঙহনবা য়াবা নত্তে। চেকশিনবা ফৈ। য়ূম্ফম হন্দোকপা, লৌ লৈবা অমদি অতৈ পাঙথোক্লিংবা থবক কয়া ঐঙোন্দগী লৌথোক্লগা চৎনবনা ফগনি ; য়ূমসিদি লমহাংগা অমহানিদো।"

ময়া নুপাগী ব্রা তারগা থাবল্লে ইকাইরপ মহাক্লা পুখৎলুবা ব্রাফম হন্দোকচৈ, " ফৈ ফৈ, নঙনা সুম ফগনি খনবদু তৌরো । নকুবোক্লা য়ূমদা পোত্থারল্লসনু ।"

থাবল্লেনা হন্দোকখ্রবা ব্রাফমদু শাজৌ হঙ্গৎনা চারুনিংদ্রে।

হায়রকই, "শোয়দ-ঙামদনবা চেকশিল্লু,ঐখোয় খুল্লক যূমদা ঙাইরল্লগে।"

নিংথেম ফুরিৎখাউদগী চে অমা লৌথোক্তুনা শাজৌগী মাঙদা থম্মি, " ইকুবোক্লা অসিদা সহি অমত্তং তৌবীরো, ঐনা লৌথোকচবা য়ানবা ।"

শাজৌনা সহি তৌরবা চে পুদুনা নিংথেম চৎখ্রে। থাবল্লেদা মফম খঙদনা ঙাইঙমদবা অমা ফাওরি।

মথং নুমিৎতা শাজৌগা থাবল্লেগা ঙাই ময়ূমদা নিংথেম হল্লকপা ঙাইরম্মী। তমুবী মমা-মপা অনীগী খোয়রাংবা উবদা মশাসু লৈতাদে। অমুক্তসু তাখিদ্রিবা ঙাই-শেলগী নুংশিনবা ৱারীদা মহাক ইকাইবদুম ফাওই। নুমিদাংৱাইরম ওইনা নিংথেম লৈকাই চৌকিদারগা লোয়ননা থোঙ্গান্দগী চঙ্লকপা উরে । নিংথেমগী মমায়দা হুমাং কারি । চৌকিদারদি নিশা লৈবগী মওংনি, মখোঙ কারল হাইরকই । মহাক শাজৌবু উবমক্তদা মরোল ফাইবা হেনগৎলক্লে ।

" ইনাও শাজৌ, পঙজৈদা, চমজৈদকো। কলিদা পুক ফবা মীগী শরুক থুংদবনি ।"

চৌকিদারগী ৱা তাবদা ক্ষেতিপুরন পুরক্ত্রব্রা খন্দুনা শাজৌ ফিংলপ য়েংলম্মী। নিংথেম্মা চৌকিদারবু মখূৎ পায়দুনা চিংলগা মাঙ্গোন্দা পুখৎলকই। চৌকিদার ফান্দা ফমথবগা থাবল্লে চঙশিল্লকখি ।

" কৈদৌরবগে তাদ চৌকিদার?"

" ঐগা ইনাও শাজৌগা মমাঙদা নীংথিনা তানরল্লবদি ক্ষেতিপুরন শেলফমসি শরুক অনী হেনগৎনা ফংলম্বা য়াবনি। হৌজিক্তি লাইখূৎ য়াওখ্রে, মরম চাইগা চাদেগা তৌবদা তঙ্খাই হেন্না হন্থখ্রে। অদুবু ফংলক্লিবা খরসি ঈশ্বরনা পীবীরকপনি খল্লগা পেন্থোরক্লবসি। নৎত্রনে ইবেম্মা? ক্ষেতিপুরন করিমত্তা ফংদবা ঐখোয়দি করিবু খনসিবা।"

ইমুংদগী থোরকপা নিংথেম চৌকিদার থিন্দোকপা থোঙ্গাল্লোমদা য়াম্না থুনা থোকখিরম্মী। তমুবী চৌকিদারগী ৱাঙাঙদা পেঞ্জদে।

" ক্ষেতিপুরনগী শেল হেনগৎহন্নবনি হায়দুনা বাজীদগী ইতৎ-তত্তনা শেল লৌখিবদু মখোয়সি নৎত্রনে ?"

" লীশীংলক্লিদা ৱা তানখিবা, পীয়ু হায়বমখৈ পীখ্রবনি, মখোয়গী মরোলবু, কোক অমদা চীন তারা পানবশিংনি ।"

নিংথেম হঞ্জিল্লকপগা হায়রে, " ইকুবোক, লূপা লীশীং অমগা চহুম য়াঙ্খ্রে ফংলকই, য়াঙ্খ্রেদি চৌকিদারগী খরচ-পরচ অমসুং ভারাদা লোইখ্রে। শেলসি ইকুবোকখোয়না পুবীখ্রগদ্রা ; ঐগী ৱাখন্দদি অসিদা থমহঞ্জনিংঙি, চীংয়াগী যূমদু যূমতোম্পোক ওইবদুদা .....। হয়েংমক যূম্ফম হন্দোক্লবা ঙাঙনরসি। তোল্লিবা শেল তপ্পপ শিংদোকখিসি খন্নবীবা লৈরগনসু লৌ অমত্তং লৈহৌনবা হোৎনসি।"

নিংথেমগী ৱাফমদু ফরবনি খন্নদুনা শাজৌ অমসুং থাবল্লে য়াম্না ৱানা ঙাইজরকখিবা ক্ষেতিপুরনগী শেল লূপা ময়েক অমা ফাওবা উদনা যূমদা হল্লকখি।

নোংঙানবগা শাজৌ যূমজাও ময়ূমদা চৎতুনা য়োনখিবা মমলদগী লূপা য়াঙ্খ্রে হাপচরগা যূম-ইঙ্খোল হন্দোকচরগে হায়জরুই। য়ানিংবগী মওং উৎলক্রুবদা থেম্বীনবা মরূপ-মপাং খর উনরম্লগা মহাক হল্লক্লে।

শাজৌনা ময়ূম য়ৌরকপদা শুমাঙ-মাঙ্গোন্দা মী তিল্লম্বতা নত্তনা থাবল্লেনা ইমুংদা কপ্পগী খোঞ্জেল তায়। মহাক ইঙক ঙক্লা ইমুং য়ৌশিল্লি। থাবল্লে পুঙমদ্রবা মৈচাক খাঙবদা লৈমায়দা মখূৎনা পোপ পোপ ফুরম্মী ।

" লোইরে ! লোইরে ! ঐখোয় লোইজরবনি !" থাবল্লে শাজৌগী মখোঙ কোল্লে ।

" থাবল্লে !" শাজৌ মরোল খঙদবনা ঙক্লা লাউরকই ।

" নচা নুপা লৈতবগী পাউ পীররে ! হে ভগবান ! ঐবুসু লৌশিনবীররো !"

" থাবল্লে !" পাউখুম ঙাইরমদনা শাজৌ ফমথরকখি।

থম্মোয় কাযরবা মমা-মপা অনীমক করিমত্তা ঙাঙখিদ্রবদা মযাম থোৎচিন্দুনা লায়কন্নে। শাজৌনা জ্ঞান তারক্লুনা খর নেমথরকপগা পাউ পুরকপা নুপা ওনশিল্লকখি।

" ইবুংঙোনিকো পাউ পুবীরকপসি?"

" হোয় খুডা, ঐ ঙসি মোরেদগী থুংজরবনি, ইশা মোরেদা লৈজে। পাউ অসি তম্লুনবা শিন্নরকপা যূম্লোন্নবা ইয়াম্বদু হকচাং ঙমহৌদবনা ঐ ওইনা য়ৌজরকপনি।"

" ওঃ ইবুংঙোগীসি অতোপ্পা মীনা তম্লকপা পাউনিনে?'

" অহোয়, ইমিৎমক্লা উজরুবা হকথেংনবা পাউদি নত্তে। য়ূম্লোন্নবা ইয়াম্বদুদসু কনাগুম্বা মী অমনা শিন্নরম্বনি হায়।"

" মরোলদু শেংনা তানিংঙি, ইবুংঙো।"

" হায়জগে। খুড়াগী ইচানুপা থোইবাদু য়েবো য়াওরম্মী । বর্মা সিফাইশিংগা হুম্লেন্দা নোংমৈ কাপ্নবদা লৈখিদবনি । মখোয় তরানিথোই পূন্না শিখিবনি হায় ।"

" কয়া কুইরবা ?"

" অশেংবা নুমিৎতি খঙজদে, কুইদ্রিবা পাউ ওইনা তৌই ।"

" মখোয়গী অশিবা হকচাংদি .....?"

" মদুগী অকুপ্পা মরোলসু খঙজদ্রে, লৈখিদবগী পাউ অসিতং য়ৌহন্নবা শিন্নবীরকপনি ।"

মীকপ-মীরাওখোল মরক্তা পাউ পুরকপা নুপা হনখ্রে । শাজৌগী য়ূমদা অহল-লমন ময়াম নৈনরি — পাউথাংনি, হকথেংননা উরুবা মীনা তম্লবা নৎত্রি। অশেংবা পাউগীদমক মোরেদা চৎলগা থিদোক্লুবনা ফগনি। ব্রাফম অসি পূম্নমক্কী মত ওইরক্লে । তংদাংবা পাউ অমা খঙদ্রি ফাওবা থোইবাগী শ্রাদ্ধ কর্মগী মরমদা খন্নদবনা ফৈ হায়বসি অহলশিংগী পাউতাক্লি। শাজৌগী ব্রাখন্দসু পাউ অদু ময়েক শেংদ্রি লৌই।

# ১২

শাজৌ মচাগী খোঙ্গুল লীরুবগে লেপখ্রে। চৎকদৌরিবা লম্বী মহাক্কী মিৎতা উই ; অশুকপা উমং অমদি চীংগী লম্বীদনি । পাঙ্গলগা শীংনগদবা অমসুং খুদোং থীনিঙাই মশক ওইরবা খোঙচৎসিদা মহাক কনাবুসু য়েৎলুনিংদ্রে ; মথন্তগী থৌদাং ওইরগে খল্লম্মী। অহিং চুপ্পা ৱাখলনা তূমহন্দ্রবা মহাকপু মাঙগী খোঙচৎ অমনসু হেন্না হেন্না মমিৎ শিংহল্লি ।

— " ঐজ্ঞা করি পাউ পুবীরকপগে ? "

" ককচিং নিংথৌগী ৱাবু মণিপুর মহারাজনা তরাই তরাই খনগদ্রা?"

" মহারাজনা করি তাকপীরকপগে ? পাউ তানিংবনা য়াম্না ৱানা ঙাইজরম্লিবনি ।"

" মহারাজগী ৱাখন্দি লমহেনবশিং চৈরাক পীগনি হায়বসিনি, অদুগা ৱাফম অমনা, ৱাথোক অসি য়েংশিন্নবা ব্রহ্ম সভাদা শিন্নখ্রে তাকপীরকই ।"

" ব্রহ্ম সভানদি করি হায়গদৌরি?"

" করি ৱানো নিংথৌ, ব্রহ্ম সভাদি ঐখোয়গী মীচংনি ।"

" মমাক ইবুংঙোনি হায়বশাবসিনা মগুণ য়াওদবা বামোন অমগা মান্নরগা ঐখোয়না পতিত তারে হায়না থম্লবা কর্ম ময়াম অমা খোমদুনা শ্রাদ্ধ শোন্দোক্লে । লোইরে, মসিদা ঐজ্ঞাগী মায় থমগদবসি কদাইদনো, ঐহাকসু নিংথৌকা ওইজনিংদ্রে ।"

পোৎ লৈরিবা শাজৌনা কৈথেল মচিদা নিংথৌগা বামোনগা ৱারী শানবা তারম্মী। অহল অনীনা শাজৌবু শকখঙলবসু অপেন্ননা, অদুগী মথক্তা মী খরবুসু অতম্নমা তাহন্নিংবনা ইফোং ফোংনা শানখিবা ৱারীনি। শাজৌ খুল অমদি লৈবাক্কী ৱাথোক্তা য়াম্না পুক্নিং চঙলুদ্রবসু মখোয়না পনখিবা ৱাথোক হায়বদু শোয়দনা মহাক্কী মপা চেন্নরে খন্না ময়ূম হল্লক্লম্মী।

য়ূম য়ৌরকপগা শাজৌনা কৈথেন্দা তারকপা পাউ মপাদা তন্লে। পাউদুনা নুংশা খর থীহল্লবা মপাদগী মহাক ৱাফম খর খঙনিংখি।

" পাবা, পতিত তাবা হায়বদি করিনো ?"

" লৈখিদ্রবা মীশক অমগী শ্রাদ্ধ শোনগদবা নুমিৎতগী মরম চাদনা চোন্থখ্রবদি কর্মদু পতিত তারে, হায়বদি ধর্মগী চৎনবী থুগাইরে ; বামোনশিংগী লোলনি ।"

" পতিত তাবগী অশোয়বা অমদি অৱাবা করি লৈবগে?"

" লৈখিদ্রবা থৱায়-আত্মা অদুগী তৌফম থোকপা মথৌ-মঙম শ্রাদ্ধ মতম চানা পাঙথোক্ত্রবদি ইমুংদু মখল কয়াগী অৱা-ঈরৈ চেল্লি, মদু য়াম্না কিনৈ। অদুগী মথক্তা ধর্মগী চৎনবী থুগাইবগীদমক মহারাজগী চৈরাক লৈ।"

" অদুক য়াম্না কিনরগা পতিত করিগীদমক তাহল্লিবা ?"

" মসিগী মরম খর লৈ, লম লমগী ৱাফম খেন্নে। খুঙ্গং অসিগী ওইনদি অহানবদা, পুকচৎপদা চয়োল অমগী মনুংদা ইমুং অমদা মী অহুম মরি শিরবদা শ্রাদ্ধ পূন্না শোন্নবা থৌরাঙ তৌনরুবা। অনীশুবদা, শ্রাদ্ধ শোনবীনবা বামোন ফংনদবা। অরোইবদা, বামোনগী খুজিন্দগী ইন্থোল্লুবা ইমুংগী কর্মশিংদা খুরৌ থাংবা। অরোইবা ৱাফমসিগী মতাংদনি মখোয়গা ঐগা খর ঙাঙনখিবসি। ইন্থোল্লুবা কাঙবুগীনি হায়দুনা ঐখোয়গী কর্ম অমা পাঙথোকপীয়ু য়াখিদে, নমদুনা পতিত তাহন্নবা হোৎনখি।"

" মণিপুরদা বামোন অসুক য়াম্না লৈরগা, অমবু হেক্তা শোলহনবা কৈদৌবগে?"

" বামোন য়াম্না লৈরবসু, দক্ষিনা চাউনা পীজগে হায়জরুরবসু থৌনা ফনা কনাসু চোংথোরকপা ঙম্নদে।"

"করিগী?"

" মহারাজ কিবা, ব্রহ্ম সভা কিবা। ঐখোয়গী লমদমদা লৈরিব বামোনসি মহারাজনা য়াম্না চানবা অখনবা মীশক্লি । মহাক নত্তনা অতোপ্প পুরোহিত অমা নেকপা য়াদে হায়বা মহারাজগী য়াথং লৈ। মরম অদুন অতৈ বামোনশিংনা মহাক্কী কাদা খূৎ থিংজিনবা কিনৈ।"

" অসুক চাউবা লমদমসিগী পুরোহিত মথন্তনা পুবা হায়বসি য়াম্না ৱারমগনি ।"

" ফংনদ্রিবনি । শ্রাদ্ধ, ফিরোই, লুহোংবা, যূমজংবা, শনি পূজা, নরান পূজা অমদি অতৈ থৌরম কয়াসু লৈরি । মহাকপু তান্নবদা ওন্থোক্ল ৱানরবনি । মরম অদুনা লৈকাই-লৈকাইগী শীঙলুপ খাইদোক্লদুনা মাগী মাগী পুরোহিত থম্নবা খন্নরকপদা বামোন অহল শাওরক্লুনা মহারাজদ ৱাকৎলুরে। মহাক্কী মীচংদা লৈবা মহারাজগী য়াকা য়েংদুনা ব্রহ্ম সভাস বামোন অহলনা মহাক্কী মায়োক্তা থবক তৌবা ইমুংশিংগী শ্রাদ্ধ-কম অমত্তদা চঙলরোই হায়না লৈথোকখ্রে । মদুগী ফল ওইনা পতিতকী চৈথেং ফংবা য়াওনরে ।"

" পাবা, বামোন অহলনা ৱাকৎলুবসি চুমদে, মহাক্কী থবক কোমহন্নবা শিনবীরগা।"

" ইহে, অঙাং নঙসিদি; মহাক্কীদমক দক্ষিনা, সিধা ময়েং তারক্কদৌরিবদুদি?"

" বামোন করাম চাউমল্লি ।"

" লমদমসিগী প্রজা উপায় লৈরক্লবদা মহারাজদা চঙজরুই। অদুব মহারাজ, বামোন অমসুং নিংথৌ পূনথোকখ্রে ; মীয়ামগী ৱাকৎ তাবীদ্রে। মদুনা মরম ওইদুনা খুল নাকপাক তানবে।"

" শ্রাদ্ধদি লোইনমক শোনখিবদাইনে ?"

" শোনখ্রিবদুনি, অঙম তান্নদুনা । মীয়ামগী অৱাবা উবীরবা মমাক ইবুংঙো অমনা বামোন অমা পুবীরক্লুনা পতিত তারবা কর্ম কয়া মশামক্লা সঙ্কীর্তনগী ইশৈ হন্দুনা শ্রাদ্ধ শোন্দোকখ্রে। ৱাফমসি কোনুং মনুংদস ৱাথোক ওইনরকপদগী বিচার লোয়শঙ য়ৌনরে । ঐবুসু কেশ পানশিল্লক্লুনা সিধাগা লোয়ননা কারক্লবা সমোন লাকপদগী চৎলুরিবদুনি ।"

" হোয়নে, মতাং অদুগী ওইরম্বা তারে মখোয়না শানহৌবা

ৱারীদু।”

“ ঐঙোন্দদি কেশ অসি খুনু মখোঙদা শল্লৌবগা অমহা ওইরে। লংফৈ চৎনিংবসি থিংদুনা থম্লি, অদুবু ফমদুনা লৈথোকপদা চরা হেনগদৌরিবনিনা ঐ চৎতবদি য়ারোইদৌরি । হাকুম খাজনা থীনবা হোৎনবদা পুৎথপ্লিবসি মেনখৎনবা হোৎনসি, নঙ লৌগী থবক কন্না হোৎনরম্মু । থা মরিগী তুংদা কেশ অমুক লেপ্পনবা তারিক পীরকখিবনি, মতমসি য়ৌদ্রিঙৈদা ময়াম চৎনবসি য়াওরুখিগে ।”

শাজৌ মপা লংফৈ চৎখ্রে। মপানা শিন্নরম্বা লৌগী থবক্তা শাজৌ পুক্লিং য়াম্না চঙলম্মী। চহী অনী-অহুমগী মমাঙদগী নাদুনা ঙাক লাক্লবা মমা কুমসিদি য়াম্না শোল্লে। থাবল্লে মনেমবোক্কী সেবাদা চিঞ্জবনা মপুরোইবগী মতেং পাংবা ইঙম ঙমদ্রে।

মপানা লংফৈ চৎখ্রবা নুমিৎ কুন্নিমুক্কী তুংদা নোংমা শাজৌ মরুপ খরগা বামোন অহলগী মাগুব কাচিন্দা শম কক্লরম্মী। নিংথৌগা বামোন অহলগা তিংথৌ মথক্তা নুংশা য়াইদুনা হরাওনা ৱারী শানৈ, মখোয়রোমদা খক য়েংলক্তে ।

“ ঐজ্ঞা, হন্দক্কী মতাংদা নুপাসি লৈবাক খোঙ্গোইনরসি ।”

“ নিংথৌ, মদুবু হেক ঙমদ্রবা, লৈবাক্লা ঐবু শীংথাবীবগী করি কান্নগনি? মোইরাংথেমগী নুপাদু অৱাগী অথাপ্লা মফম অমদা চৎখি হায়বদুবু চুম্লবা নৎত্রনে?”

“ চুম্লবনি, ঐনা অকুপ্পা পাউ লৌজরবনি, ঐজ্ঞা।”

“ হয়েংদি সমোন থুংলরগনি । অনৌবা কেশ তারিকসিগী পাউ মঙোন্দা কনানা য়ৌহল্লুবা ঙমগদৌরি য়েংসি ; পীরুরবসু কেশ লেপ্পবনা হানখ্রগদবনি । হুকুম থৌশাদবগী জোরীগা লোয়ননা জেল চঙবা শোয়দ্রবনি। ফাদোক লৈনিংদ্রগা মতু-মচা হুন্দোক্লম্বা তাবা, লৈবাকসিগী ৱাংমদা, মশানা পামজবা অৱা লৈবাক্তা অদুম লৈজখিবা ।”

“ ঐনা য়েংনিংদ্রিবসি মোইরাংথেমগী নুপাসিনি, ওম্বোক্লা মী উশিংখিদ্রেদা ঐজ্ঞা।”

“ ৱাবীরুরনু নিংথৌ, মতম লাক্লে। হয়েং সমোন থুংলরগা খঙজরনি ; মখোয়গী মথক্তা ব্রজ তারকপগুম থোক্কদৌরিবনি । কুমহৈদু

য়েংসি, হয়েংতা মঙাইরে। ব্রাহ্মন-বৈষ্ণব মশক খঙদবা অপঙবশিংসে।" বামোন অহল খূদুম শীংঙি।

নিংথৌনা নোকপদা বামোন অহল উমশায়ননা নোক্লম্মী। মখোয়গী ব্রারী তাবদা মশম কক্লিবা শাজৌ হৌগৎতুনা চেন্নিংলে।

শাজৌ ময়ূম য়ৌরকপগা মহাক্লা তারকপা পাউ মরীক চূম্না মমাদা তম্লম্মী। শোল্লবী মমা ব্রাখল থোক্কে। তান্নফম কনাসু লৈতবনা তোমালবু কৌহল্লুই। মখোয় নুংশা য়াম্না থীনরবসু সমোনগী মরোল য়েংখিসি খন্নরে।

মথং নুমিৎকী নুমিৎ য়ুংবা মতুংদা সমোন চে থুংলৈ। মরোল পারুবদা তরামঙানিশুবা নুমিৎতা দরবারগী জুদিসিয়েল মেম্বরশিং লাক্কুনা পতিতকী কেশ পঞ্চায়ত্তা পাঙথোক্লগনি, কেশতা চেন্নবা মীশিংনা নুমিৎ অদুগী পূং তরাদা পঞ্চায়ত্তা কারক্কদবনি, লাক্তবা মীদি হুকুম ইন্দবগীদমক ফাদোক্তা থমগনি হায়বা ওইরম্লে।

সমোনগী ব্রারোল তাবদা ইমুংগী মীশিংতা নত্তুনা লৈকাইগী নহা-অহল পূম্নমক মায়থোং লাংশিন্নে। তেংবাংগীদমক চোংথোকপীরক্কদবা শাগৈগী অমদি লৈকাইগী নুপা অয়াম্বা লংফৈদা লৈখ্রে। মমা থম্মোয় শোক্লা ব্রাখিবনা ব্রাখল থোক্কুবা মতমসিদা তোমাল চোংথোরকই, "শাজৌ, অহলশিং খর উনরু, বাজীখোয়না লৈরমগদবা মফম হংলু।"

শাজৌ চেনখি। মচা অহল শকপা তোমাল য়েংলগা মমানা হায়, "অঙাং অচৌবা, করিনো ঐখোয়না তৌগদবসি ?"

"ইমা, ঈশ্বরনা তম্বা অমা লাক্কনি, ব্রাবীরুগনু।"

শাজৌ কুইরকখিদে, য়াম্না থুনা হল্লকই।

"তা-তোমাল, ঐ অহলশিং উনরুরে। পাবখোয় য়েন্দো হায়বা মফমদুদা শোইদনা লৈরমগনি, শীং খায়বগী থবক্লি তৌরমগদবনা। পোৎকা লোয়ননা চৎপদা নুমিৎ তরানিদা মফমদু থুংনৈ হায়। চীংগী লশ্বীনা য়াম্বনিনা শগোল পুবদসু খুদোং চারোই। খন্নগদবসি করিনো ?"

"শাজৌ নঙ চৎপদি ওমগদ্রা ?"

"তা-তোমালনা লেপ্পীরবদি করিগী ওল্লোই।"

"চৎখিবদা তরানি, হল্লকপদা তরানি, হঙ্গৎ-হন্দাদা চঙগদবসি নুমিৎ কুন্নিগী মতম ; কেশ তৌগদবনা নুমিৎ তরামঙানিখক্তং ঙাইরবা।

ঐখোয় চেনবা তাবনি । বাজীবু কেশ নংহন্দবা য়াদে ।”

“ ইমা, ঐখোয়গী চেঙ য়োম্বীরো, শেল লূপা অনীগা থৌরাং তৌবীয়ু।” শাজৌ থুজিল্লকই ।

“ হৌজিকমক?” মমা য়াম্না ৱাজৈ, ললিতা অমসুং থাবল্লৈদা য়েংলুবদগী ওনশিল্লকপনি, “ নখোয় নহা ঙাক্তা, অমুক্তসু চৎলুদ্রিবা লমদুদা?”

“ লৈকাই বার্তোন চৎপগুম খন্নরে মখোয়গী ৱাসি, অদুক লাপ্পা অৱা লৈবাক্তুদা ।” ললিতানা থাবল্লৈদা হায় ।

“ ঐখোয় লাইবক য়েংলুরগে, বাজী জেল চঙবা য়ারোই, মীয়াম মাঙদা খোঙ্গোইনবগী থবক্তি । থৱায় চাউথোকসি ।” তোমালনা নুপীশিংবু ফাথৈ ।

“ অথাপ্পা লমদা মী অমত্তা চৎলি হায়বগী চিংনগদবা মতম নৎত্রে ।” শাজৌগী ৱাফমদা মথন্তা ওইরবসু চৎলগনি হায়বা উৎলক্লে ।

“ ইকুবোক লংফৈ চৎখ্রি হায়না অঙম্বশিংদা পাউ হঙ্গৎলুবনা ফরোইদ্রা?” থাবল্লৈ মুন্না খল্লগা হায়রকখি।

“ অরেম্বনি কান্নরোই, মখোয়না তাবীরক্কদবা লৈতে । মমাঙ কেশ অমদা লোৎখিবগী মরাল শীবীখি ।” অহল অমনা কক্লকই ।

শাজৌগী মমা মথ্বায় ৱারবসু পেঞ্জবদি লৈ, মচাশিংবু মঙ্গল ওইনবা নান্থবীখ্রে ।

থাউ থন্না হাপ্লবা মিংশেল থাউমৈ অমা শাজৌ মখূৎনা পায়, অথনবা কোরেক অমসু তোমালনা লেংবান্দা য়ানশিল্লে । ফি-রোল অমদি চেঙজেল য়োম্বা নম্বোদা থাঙ অমমম থেৎতুনা পাখং অনী খোঙশানবা হৌরক্লে ।

ৱারী শানদুনা অসুম লাকখিবা নহা অনী পল্লেল য়ৌশিল্লকখিবা খঙহৌদে ।

“ শাজৌ, নঙ ইপুদা লম্বী ফজনা হংলক্লেকো ?”

“ হংলক্লে । ঐখোয় পল্লেল লান্থোক্লগা শাইতেন চীংখোঙ তানগদবনি। ইপুনা হায়রকপদা পোৎ পুদুনা চৎপশিংদি মফমদুদা লৈক্লে ।”

"চীংগী লম্ফাং য়াম্বা অখুবা লম্বীশিংদা ঐখোয় লম্মাংনরোইদ্রা?"

" লংফৈ চৎপশিং তোয়না থেংনগনি, হৎ হংদুনা চৎকদবনি। অদুগা মোরে তাবা লম্বীনা অতৈদগী কোকপা হেল্লি হায়।"

" শাইতেন্দগীদি চীং হাইগৎকদবা ওইরমগনিনে ?"

" হোয়, মফমদুদগী শাইবোম খোংজাই খুল তানগদবনি। শাইবোমদগী নোংপোক পাংনা চীংয়াঙদা চৎলগা লাইমতোন, চীংদো দুদগী য়েংখোইপল তম্না নোংপোক্লোমদা কূমথগনি। য়েংখোইপল লাল্লগা বাবু শরেং কাবা চীংশাং য়ৌগদবনি, খর চৎলগা শবেংখোং তারে, মফমদুদা লেক্কদবনি। মথংদা চামোল, খোঙ্গাং অমদি উতোংথাবী তান্দুনা মফমদুদা অয়ুক্কী চাক চানৈ। মথংদা লোকচাউ তাল্লগা শেবোং কোম খুল য়ৌগনি, মফমদুদগী মৈরম পাংলগা খাঙ্া ঈজিন লাল্লবা তুংদা কোন্দোং লাইরেম্বী থুংগনি ; মথংদদি মোরে য়ৌরে। মোরেদগী তুমু, তুমুদগী অঙ্গো চীং পাংগদবনি। চেতাং খুল ফাওনা অঙ্গো চীং লাল্লগা ওক্তোং, ওন্দাওনচিংবা খুঙ্গং কয়া থম্লমদুনা নিংথি তুরেল ফংঙি। তুরেল অচৌবসি তারবদি তম্পাক্কী লম্বী অচৌবদা চৎলগনি ; হিদা চৎলবসু য়াইপা তৌবতবু য়েন্দো তানবদু অতেনবা লম্বীদি নত্তে হায়। পোৎ পুদুনা চৎপদা নুমিৎ তরানি চঙনরবসু ঐখোয়দি তরেৎনিগী মনুংদা থুংদবা য়াদ্রবনি।"

শাজৌনা লমিৎ-তুমিৎ চীনফা হায়থরকপদা তারগা মহাক মায়কৈ অদোমদা য়াম্না তোয়না চৎলুরবা মীশক মানশিল্লক্লে, লোযননা মহাক্কী থৌনা লৈবা ব্রাঙাঙদা তোমাল নুংঙাইজে, হঙ্গোয়বসু মাঙখিবগুম তৌরম্মী।

থেঙনা খোঙশানবা হৌরকপা অমদি ফাইরেন থাগী অতেনবা নুংথিল ওইবনা পাখং অনীনা শাইতেন চীংখোঙ য়ৌবদা নুমিৎ তাখ্রে। হান্না থুংলম্বা লংফৈ চৎপা কাঙলুপ অনীসু মফমদুদা চাক থোঙ্গৎপা হৌরম্লে। লংফৈদা ময়াম পুন্না চামিন্নবগী নুংঙাইবা মখোয়দা ফাওরম্মী। মরাং কায়না থাবা শীংগী মৈ য়াইদুনা ময়াম অথেঙবা অহিং ফাওবা ব্রারী শানদুনা ফম্লম্মী।

নোংঙানবগা তোমালনা হৌদোকই, "শাজৌ, চৎনবা তৌরসি।"

" ঐ মীকপ থোকপা কুইরে, ঈংবনা তূম্বা য়াদে, উন য়াম্না

তারমগনি।" শাজৌ থক থক নিক্লা হৌগৎলম্মী ।

পাখং অনী মমায়-মমিৎ তাবা লোইদুনা অহলশিংদা তাক্লম্লগা খোঙশানবা হৌরক্লে । অহানবা পূংজাদি উন মথক্তা নেৎপনা মখোয়গী খোঙচৎ মঙম ইচৎ চৎতে ।

" শাজৌ ।" তোমালনা কৌই।

" তা-তোমাল ?" অঙম্বা চীং কাবদা শাজৌ স্বর থবেৎ থবেৎ হোল্লি।

" লম্বীসিদা অকক্লবা লেকফম থুংফম শেম্লরিবসি করিগীনো খঙব্রা ?"

" ইপুনা তাক্লকই, ঈশিং ফংফম য়েংবগীনি ।"

" মরম অদুনা ঐখোয় কন্না চৎপা ঙম্লনবা ঈশিং মরাং কায়না পুবা তাবনি ।"

" অদুদি তা-তোমাল, শাইবোমদগী তুম্বা অচৌবা অম নিখিসি।"

নহা অনী লেপ্পা লৈতনা হাইগৎলকপনা শাইবোম খুল য়ৌরে। খুন্দুদা মখোয় চাক চারম্মী । লীনা মরী পানবা অচৌবা তুম্বা অমা শাজৌনা য়ূম্নুদগী নিদুনা ঈশিং থন্না হাপ্লগা মখোয় অমুক চৎপা হৌরে । মখোঙদা ঈ হৌনবনা শেক্লরবসু খোঙচৎতি হেন্না হেন্না য়াঙখৎলম্মী । নুমিদাংব্রাইদা মখোয় শবেংখোং য়ৌবা ঙম্লে, মফমদুদা পনবা তাখি । মথং নুমিৎকী নুমিদাংদা তুমু য়ৌনবা মিংশেল থাউমৈ থান্দুনা অঙম্বা চীং লম্বীদা মখোয় অনী চৎপা লেপখিদে। তুমু য়ৌরবদা নোংঙানবগা খুঞ্জাশিংদা লম্বী ফজনা হংদুনা অঙ্গো চীং তম্লকই । মরিনিশুবা অহিংদি মখোয় অতোপ্পা লংফে চৎপা খূৎপু অমগা চীংদোন্দা শাবা শঙ অমদা য়ারেকমিন্নখি । মঙানিশুবা অয়ুক্তা মখোয় অনী নিংথি তুরেল ফংলে। তম্পাক্কী লম্বীদা থেক-খোই নুমিৎ নিনি চৎলবা মতুংদা মখোয় য়েন্দো থুংলম্মী।

মপাখোয়গী থবক শৃফমদা পাখং অনী নুমিদাংব্রাইরম ওইনা য়ৌরকখিবনি । মখোয়বু উবদা পূমঙক ঙক্লবা মপা ইমুংদা অরুবা থৌদোক থোক্লব্রা খনখিবনা মথ্বায় ব্রাদবা ঙমখিদে ।

" অঙাং অনী ! অরুবা করি পাউ লৈরে ?"

" পাবা !" শাজৌ পুক্লিং নুংশিবনা মখা হায়থবা ঙমদে ।

" বাজীবু কৌবা লাকপনি ।" তোমালসু মায়থোং মকই । " সমোন অমা পীররে ।"

" করিগী সমোন ?"

" বামোনগা খৎনবা কেশ অদুগীনি ।"

" করিনো, শজিবু থাশি নুমিৎতা কেশ তারিক পীরকখ্রগা ?"

" অনৌবা তারিক্লি ।" শাজৌনা হায় ।

" অনৌবা তারিক !" শাজৌ মপা শাওবনা থক থক নিকই, ঙকপসু য়াওরি । " করি নুমিৎতা লেপ্লগনি হায়রিবা ?"

" মথংগী লৈবাকপোকপা নুমিৎতা, ঙসিগা থারগা নুমিৎ নিপান্নি ব্রাৎলি।" তোমাল নুমিৎ পাই ।

" নুমিৎ তাখ্রবসিদা করম্না ঙসিসু অমুক থাগদৌরি ?" শাজৌনা চুমথোকখি । " কেশ তৌগদবা নুমিৎতু থারগা তরেৎনিখক্তা ঙাইরবনি ।"

শাজৌ মপা পূক্লিংদা মৈ হৌই, মমিৎ-মমায় ঈনা কুপখি ।

" হে-হে ! ঙন্মি হায়দুনা পংতৌ তৌবগী ব্রানি । অকোনবা লেপ্ল বা নুমিৎতা থা মরি লাপ্লা তারিক পীরকখি । ঐনা ফনা কন্না হায়জবনি, মতম শাংমল্লি । মখোয় করিমত্তা তাবীখিদে । হৌজিক ঐ লংফৈদা লৈখ্রে খঙবদগী অনৌবা তারিক অমুক পীহল্লবা । শেল খর তাল্লগা কেশ নংননবা থোকচখিগে খনবনি । কয়াদা ফৎনদ্রিবা, কয়াদা হৈনা লৌতুনরিবনোসে। ইমুংগী খল্লুবগী তৌবনিকো,সৈত্য । মীসু শিবা ঐসু শিবা, মদোমদনা হেন্না ফরবনিদা ।"

লংফৈ থবক শৃমিন্নরম্বা নিপালমক্লা অহিং-নুংথিল লেপ্তুনা উমং-ব্রামং লম্বীদা লাকখিবা পাখং অনীগী থৌনাবু থাগৎনৈ । মখোয়না শাজৌ-মপাবু পুক্লিং ফাথৈ,লোয়ননা থৌনাসু হাপ্লবা হোৎনরম্মী । বামোন অমসুং নিংথৌগী ফত্তবা শরৌবু মখোয় পূম্বনা চপ চানা শীংনবা পান্নক্লে ।

খূৎকী অহলনা হায়, " ইশেন, থব্রায় পৌগদবনি, নঙনা লানখিবা লৈতে। শ্রাদ্ধ শোলহন্নিংবা বামোন অমা হেক্তা নেকপা য়াই হায়রুবগীদমক অসুক য়াম্না ব্রানবা শিল্লিবসি করি ধর্ম কৌবনো, হৌনবা থবক্লা অসিবু ?"

" ইবাই, ঐবুতা নত্তনা ইচাশিংবুসু অসুম্না ব্রাহনগদবা লৈরবদি

হন্দক্তি ফাঁসি তৌবীরো হায়রুরগে । ঐনা খঞ্জবদা মীচং লৈজদবশিংগী ব্রাকৎ তাবীনবা অঙম্বা লৈশিল্লক্রে ।”

মপাগী অব্রাবা উবদা শাজৌ চোকথবা মাঙখ্রে, “ পাবা, ঐখোয় কেশ নংনবা চৎতবা য়ারোই ।”

“ অঙাং অনী, ঈশিং ফং ফং শাবসিনা হীগা য়েবগুম শেংনা অমুক্তং ঈরুজথোকউ, শাংনা তৃম্ফম চাফম খঙদনা লাক্লবনি । চাক থন্না চাথোক্লগা মীকপ অমমমগা তৃম্নবা হোৎনখিসি ।”

পাখং অনী অচৌবা চফুদা লুম্বা অশাবা ঈশিংনা ময়ামগী ফিহোং খুদৈ শিজিন্নদুনা মতম চঙনা ঈরুজরে ।

অহলনা হায়, “ ইশেন, ঐখোয়না ঙসি ফাওবা থবক শূরকপগী ফংবা শেল পানবদা মী অমমম্না লূপা অনী অনীগী চাং ফংলে, নঙ লূপা অমা হেন্না অহুম পুখ্রো । চেঙ চোয় তরাগা ঙা অকংবা খরগসু লোয়নখো, অব্রাৎপদি লম্বীদা ব্রাল্লুবনা ফরগদ্রা খল্লি ।”

“ ফনি ইবাই, শেলদুদি ময়ামগী চাংদগী হেন্না লৌজরোইদা ।”

“ এঃ করিগী চিংনরি, ময়াম্না পীরবনি । অদুগা ইশেন, ঐখোয় লৌহোন হুনবা নংনবা থোরক্কনি হায়না য়ূমদা তম্বীরল্লো ।”

“ ইবাইবু, খঙজরে ।”

“ অদুদি ঐখোয় চাক চাথোক্লসি ।”

তোর্বান নক্লা শাবা শঙগী শূমাঙদা মরাঙ কায়না থাবা শীং ফাইরেনগী নুংশিৎনা মৈচাক ফহল্লি । নুমিদাংগী অমম্বগীদমক ময়ামদু থোইনা খন্নরুদে। নহা ওইবশিংনা লন্নাই অরোনবা পাউজেল কয়াসু পাখং অনীদা শিন্নরি ।

চোকথবা অমদি থন্না চাখিবা চাক্লা নমথরক্কুনা হিপথবগা তৃমখ্রবা পাখং অনীবু নোংয়াই মতুং ওইনা মপানা হৌদোক্লম্মী ।

“ অঙাং অনী, হৌগৎলো চৎনবা তৌরসি ।”

“ পাবা, ঐগী ওই ফৈরুসি নাখ্রেদা, চিকপসু য়াওরি ।” মীকপ থোরকপগা শাজৌনা হায় ।

“ লমশাং লাকপগী হৌনবীনি, অমুক চৎলগা অদুম ফজখিনি ।”

মপা-মচা অহুম মায়-মিৎ, চীন-য়া শেংবা লোইরে । মানা মানা

পুগদবা পোৎ নমদা পোখৎনদুনা থৌরাং লোয়বগা ময়ামদা খোঙশান্নবা তাক্লম্মী। ময়াম্মা লম্বন খুরৌ চেন্দনা য়ুম য়ৌনবা মঙ্গল পীনরকই। শাজৌ-মপা ঙান্না থাল্লবা থাউমৈ মখূৎনা পায়দুনা মাঙ থারক্লে।

নোংঙাল্লমদাই য়ৌরক্লে, মপানা শাজৌবু মাঙ থানবা তোয়না হায়, অদুবু মহাক তুংদা হেক্তমক লৈথহৌই। ঙাম্হোরকপা মতমদদি শাজৌ চোং চোংদুনা চৎপা উনরে।

" শাজৌ, কৈদৌরবগেনে ?" মপানা কৌখৎলি।

" পাবা, চাউনা পোম্লে, চিকপনা লোইরে।

" ইস ! করিনো অদুদি, য়েংগেসে।"

শাজৌ মপানা য়েংবদা তোমালসু চেপথরম্মী, ফৈরুমক্তা চুম্বেমুক চাউনা পোম্লম্লে। মপা পুক্লিং ৱায়।

" নাই চাগদৌরিনা, য়াম্মা থুনা চপখৎতবা য়াদ্রে। লম্বীদা হৈরুকোকথোং পাম্বী উব্রা য়েংসি, মখোম লৌরগা তৈনবনি।"

" লৈবাক তৈবসু ফৈ হায়নৈ।" তোমালসু উপায় থি।

তোমালনা অপোম্বদা লৈবাক থানা তৈরম্মী। মখোয় অমুক চৎপা হৌরে। শাজৌ তুংদা ইল্লক্লি, মহাক য়াম্মা ৱানা শেক শেক্তুনা চৎলবনি।

নুমিৎ তাখ্রবদা মচাগী অৱাবা য়েংলগা কবো লৌশঙ অমদা মপানা পোখারসি হায়রে। অহিং চুপ্পা শাজৌ অপোম্বগী চৈনা খাঙবদা থরো থরো ওনখি। তোমালসু ৱাখল ৱাবনা তৃমশিনবা ইয়া য়াখিদে। শঙয়াদা হৌরম্বা হৈরুকোকথোং মখোম মপানা থোম্বগুম তৈরম্মী।

নোংঙানবগা শাজৌ নাদবা শাদুনা মাঙদা চৎনবা হোৎনৈ, মহাক হুমাং মরীক মরীক কানা মখা চিক্লি। মপানা হীদাক তৈবা লেপ্তে। অয়ুক্কী চাবা মতুংদদি শাজৌ উয়ূং পাম্বী অমদা পায়দুনা থক থক নিক্লগা লেপ্লম্মী।

" নঙ য়াম্মা ৱারব্রা, অঙাং ?" মপানা তোয়না কৌখৎলি।

" পাবা, ঐ চৎপা ঙমগনি থাজদ্রে।"

শাজৌ লুকথখিবদা তোমাল য়েংঙমদবনা লৈথোক্তুনা অৱাবা খাঙখি।

" হে ভগবান !" শাজৌ মপা লৈমায়দা কিৎ ফমথৈ। " ইবুংঙো

অঙাং অচৌবা, পোৎ-চৈশিংসি নঙ পুরো ; ঐ ননাওসি পোরগে ।”

মপাগী মতৌ য়েংলগা শাজৌ নুংঙাইতে, মপি থিংবা ঙমদে । মপানা নাহোং শেমদুনা মাবু পোখৎলে। পোত্থা পোত্থা লাকপনা নুমিৎ য়ুংবা মতুংদা মখোয় তুরেল মচা অমা লাল্লমী। শাজৌ-মপা মায়থোং হেন্না মকখি, মরমদি হৌজিক অঙম্বা চীং লম্বীদা হাইগৎকদৌরে। নুমিদাংৱাই য়ৌরকপদা মখোয় লোক অমগী মপান্দা চাক থোঙ্গৎলে, য়ারেক্লবা নত্তে, অহিং চুপ্পা চৎনবা থৌরাঙনি ।

হূম্লিশুবগী নুংথিলদু মপা-মচা অহুমগী অৱাবা পনখৈ লানখ্রবনি। অঙ্গো চীংজাউ লম্বীদুদা পাঙ্গলগী অরোইবা চাংয়েংনি । নুমিৎ মরিনিগী মতমতা ঙাইশিল্লক্লে লাইবক য়েংগদবা খল্লুরগা অহুম্মক্কী মিহুল তিঙ তিঙ চোংঙি । মরক মরক শাজৌবু পোখিবা তোমাল মতম চানা থুংবা ঙম্বগী আশা মাঙশিল্লক্লে।

নুমিদাংৱাইদা অঙ্গোচীং ময়াই য়ৌরকপদা শাজৌ মপা থাউমৈ চুখৎলম্মী। মফমদু শা-কৈগী তিনফম্লি, অঙাংশিংদদি মপানা তাক্তে । নমগী অরূম্বনা মখোঙ থাংবা ৱাশিল্লক্লবদা শাজৌ মপা নুংদা খনখিবদু পিরোইননা চীন্দা শোল্লকখি, “ হা গোবিন্দ ! হে ভগবান ! নঙদি অৱাবা তারবা ননাইশিংবু কনবীবা মপুনি, ঐখোয়বুদি উবীদ্রব্রা ?”

তোয়না তোয়না লেপ্লবা মপা খোঙকাপ খর ৱানা থাংলবা তুংদা অমুকসু শোল্লি, “ হে ইবুধৌ খল্লাংবা ! লংফৈদা অৱাবা নংলবা ননাইশিংবু ঙাকপী শেনবী হায়নৈ, ঐখোয়বুদি কনবীররোইদ্রা ?”

মপাগী অৱাবদু উরগা শাজৌ থারো হায়ফম থোকপনি অদুবু অকনবা লাইহৌনা ৱাখল থোকহনখিদ্রে। মপানা মচাশিংগী অৱাবা ফাথনবদি হোৎনরি, “ অঙাংশা,ঐখোয় হৌজিক শাংথনা চৎলরোই, লেকফম য়ৌরক্লে।”

তোমাল অকনবা নুংশিৎ হুল্লকপদা থাউমৈ মুৎখিদনবা চেকশিন্না শেন্নরি। চীংজাউ উমংদগী থোরকপা খোঞ্জেলনা জীবশিংবু মিপাইবা পোকহনবা মতম্লি । মাঙ থাবা তোমাল ইঙক ঙকপগুম চপ লেপ্লম্মী ।

“ বাজী, আদা উরিবসি মৈঙাল মাল্লি ।”

“ মানি, মৈঙালনি । মী লৈরমগনি, ঐখোয়সু মফমসিদা

লেক্কদবনি ।"

তোমালগী পাঙ্গল খর লাকই । অসুম নকশিল্লকপদা নুপা তরামাথোই মৈ য়াইদুনা ফম্বা ময়েক শেংনা উরে । মখোয়গী লোল তারগা তোমাল খরসু হেন্না হরাওই । লৈরম্বা ময়ামদুনসু লেপখৎতুনা মখোয়বু য়েংনরকখি ।

" মী অহুম্নি, মণিপুরদগী মাল্লি, অনাবা অমসু পোরক্লি ।" লৈরম্বা অমনা হায়খি ।

" হোয়,ঙমদবা অঙাং অমা য়াওরে।" নুংশা শবী হোল্লিবা শাজৌ-মপা লেপ্তুনা চঙশিল্লি । " ময়াম্বু করি লমদগী ওইবীরবনো ?"

" ঐখোয় ব্রাংজীংদগীনি ।"

শাজৌ মপা নমদগী মচাবু থারগা ময়ামদা য়েংলম্মী, স্বর হন্দোকপা হোৎনৈ ।

" থোকপীরিব্রা, চঙবীরকপ্রা ?"

" ঙা লৌবা লাকচরিবনি, সোমদি করি লমদগী ?"

" ককচিংদগীনি । য়েন্দোদগী থোরকপদা অঙাংসি ফৈরুদা পোমদুনা চৎপা ঙমদ্রে ।"

" ওস্থোক্রা ব্রারেদা, " নুপা অমা নুংঙাইতনা শোল্লকই, " অহলগা করি থোক্লবীবগে ?"

" ইচানি ।"

" নাবা ফরগা থোকপীরক্লবদি ফগদবা ।"

পোৎ-চৈ মফম চানা থন্নগা শাজৌ মপানা হায়, " অঙাং অচৌবা, লাও, ঈশিং খর শোক্লুসি।"

চঙলকপা কাঙবুগী অহলনা খাম্মি, " এঃএঃ মতমসি থেঙলে, শোকপীরুরনু, মী অহুমগী কোন্ননবা ঈশিং লৈরি ।"

" ময়ামগী থৌজান্নি।" শাজৌ মপা লোক কুম্বগী থৌরাঙ তোক্লে।

তোমাল য়াম্না থুনা চাক থোংখি, অদুবু শাজৌ ইচা চানিংখিদ্রে। নুংশিৎনা য়ূমথক্কী অয়াম্বা শরুক হুমদোকখ্রবা শঙগী শুমাঙ অকোকপদা অচৌবা শীং ময়াম ইকোয় কোয়না পল খাবগী মওংদা মৈ থারগা লংফৈ

চৎপশিংদু ব্বারী শানদুনা ফম্মরম্মী। কুইদে, মী খরদি নাখোক্তুনা তূমথখিবা। শাজৌদি তূমশিনবা য়াদবনা চৈনা খাঙলি।

“ পাবা, হয়েংদি ঐবু খুল অমদা থম্বীরম্মু । নাবা ফরগা মণিপুর থোরকপা মীশিংগা লাকমিন্নরগে ।”

“ শাজৌ ! ” মপানা চৈ, “ তানিংদবা ব্বানি । মদু য়ারোই ; নঙবু থম্নম্নগা ঐখোয় করম্মা চৎকদৌরিবা, অঙাওবা ব্বানি ।”

“ ইমানা চোংবদু করম্মা য়েংগদৌরিবা ?” তোমালসু য়ানিংদে ।

“ ঐনা অসুম য়েৎতুনা লৈরবদি পাবা মতম চানা থুংলুবা ঙম্নরোই । ঐগীদমক করিমত্তা চিংনবীরুগনু, পাবগা খঙনবীবা ঙাই অমদা শিন্নবীরম্নগা লোইরে।”

“ মতমসু নংনবা চৎকনি, নঙসু লৈহৌবা য়ারোই ।”

অসুম ব্বারী শানরম্বদগী মপা মচাসু তূমথখ্রে । লংফৈ চৎপা তরামরি মৈনা ঙাক-শেনবীদুনা নুংঙাইনা পোত্থাহল্লি। উমং-ব্বামংদা অহিং য়ারেকপা মতমদা কিগনবা মীনা ময়াম্বু শঙবা হৌনশানি । নোংয়াই মতমদু তূমখুল তান্নবনা য়ামখ্রে । মতাই থংবা নুপা অকিবা খোঞ্জেন্দনি লাউরকখিবা, “হো ! লাক্লে ! লাক্লে ! ”

লাউরকখিবা নুপাদুগী লুখুম্মক্তা শামু লমশা অমা মনা ফন্দোক্তুনা লেপ্পবনি। মহাক ফুক হৌগৎখিবগা অচাকপা মৈরি লান্না চোংদুনা চেনখি। শাজৌ মপা ইখং খংনা হৌগৎলকপদা অতোপ্পা নুপা অহুমসু মায়কৈ ফাংনা চেনখিবা উই । মহাক ফিংলপ তোমালবু মশা নোমদুনা হৌদোকখি, “ অঙাং অচৌবা ! ননাওসি চিংসি !”

শামু লমশা উরুবা তোমালনা শাজৌগী মখূৎ নামা তাপ পায়, মপানা নামা পায়দুনা চিংবোই থাংবোই চেল্লম্মী। খোঙফম লেঙদনা শামু লমশা অঙৌবা ময়া উৎতুনা মনাতোন লৈবাক্তা নম্নগা লৈবদু উদবা মী য়াওখিদে । হৌগৎলকপগা মায়কৈ খঙদনা চেন্নখিবনি । লৈমায়দা শৃ শৃ লোংনা শিৎলিবা শাজৌ অমম্বা মফম অমা য়ৌরকপদা হৌনা লাউরকখি, “ অয়ো ইমা ! শিরে !”

করম্বা পাঙ্গল শিজিন্নখিবনো, শাজৌ মাবু চিংলিবা খূৎ অনীদগী নাম্থোকখ্রে । অমম্বা চীংখাদা ওন্থখিবদগী মশকসু উখিদ্রবনি । লম মঙা

হেন্না শীৎথরুবা তোমাল চপ লেপখি ।

" বাজী ! শামুনা শাজৌবু ফাখ্রমাল্লে !"

" শাজৌ ! শাজৌ ! " অমম্বদা মপানা কৌখি । " ইপাগী শাজৌ করি মতৌনো! লোইজরে !"

শাজৌ-মপা তৌফম খঙদবগুম ফমথখ্রবদা তোমালনসু মনাক্তা লেপ্তুনা কৌখি, " শাজৌ ! শাজৌ !"

" ননাও কনসি, অঙাং ।" শাজৌ মপা কপ্লবনি । " ময়াম পূমমক, তেংবাংবীয়ু ইচাবু অমুক্তং কনমিন্নসি ।"

শাজৌ মপা মৈহুম লৌনবা মথক্লোমদা চেনখৎপদা তোমাল ইন্নরকই। অতোপ্পা মী অমসু লাপ্তুক মখোয়বু তান্নরকপা তোমালনা উরম্মী। শঙ মমাঙ মৈ থাফম য়ৌরকপদা শামু লৈরমদ্রে, করিসু উদে ; শাজৌ মপা খোঞ্জেল হৌনা কৌরি, " শাজৌ ! শাজৌ !"

" পাবা ! ঐ অসিদা লৈ ।" মখোয়বু তানখৎলকপা নুপাদুমক্না খুন্নকপনি।

" বাজী,শাজৌনি অসিদা খুমলিবসি।" তোমাল ঙক্না লাউরকখি।

মপা মকোক পায়রগা স্বর শাংনা হোন্দুনা লৈমায়দা ফমথখ্রে, "হে ভগবান !"

শাজৌগী অপোম্বা পূম্ফ-ফখ্রবনি । মন অনীরোম লূম্বা নুপা অমনা ময়ামগী মাঙ থানবা চোংলকপদা লোংনা লৈমায়দা শিৎলিবা শাজৌগী অপোম্বদা চপচানা নেৎখাইখিবনি । মদুগী চৈনাদা শাজৌ জ্ঞান মাঙনা লাউরম্লগা ঙাইহাক ব্রান্থরুই । হৌজিক মপা-মচা অহুম মৈনাক্তা চঙশিন দুনা মখোয়গী তূম্ফমদা ফমথরুরে । মখোয় স্বর চানিং তানবা হোৎনৈ।

হাইগৎলুবা মিহুল হন্থরক্লবদা শাজৌ মপানা কৌরম্মী, " ইচিন-ইনাও পূম্নমক, কাখৎপীরক্লো, করিসু লৈত্রবনি ।"

ময়ামদু মায়কৈ-শালাই খঙদনা চেন্নরুরবা জাৎনি, কুইরে কনাসু কাখৎলক্তবা । অদুবু মহাক কৌবা লেপ্তে।

" পাবা, ঐগী অপোম্বা মাঙখ্রে, চৎপসু ঙম্লে " শাজৌ নোক্লকই।

" শোয়দ্রেকো ?"

" কন্না চেনবসু ঙমখ্রে ।" ঈ-নাইনা তৈরবা মখোঙদা শাজৌ

য়েংলম্মী।

মথং মথং য়ৌরকখিবা মীশিংদু মাগী মাগী তূম্ফমদা ফম্নরগা স্বর হন্দোকপা হোৎনরম্মী । অমদি নিকপা ফৎত্রি, হংলকখি, " অহল, অশোকপদি য়াওদ্রেকো ?"

" ঐখোয় অহুমদি অসিদা লৈরে । ময়াম মীশীং শুরব্রা য়েংবীয়ু ।"

মখোয় মীশীং তরামাথোই শুরবসু ব্রাৎলিবগুম মমিৎ চোইনরি । মী খুদিংমক তূম্নিংবগী ব্রাখল মাঙখ্রে । অদুবু শাজৌ মপানা হায়, " অঙাংশা, করিসু তৌরোই, নখোয় অনী নুংঙাইনা তূমথোকউ, পাঙ্গল মাঙদনবা, অহিং খরদি ঐখোয় তূমদনা চৎকদৌরি ।"

নোংঙানবগা মপা মচা ময়ামগা কায়নরে, কিয়াম্পোক লময়াই য়েংদুনা হায়থরকখি । নুমিদাংব্রাইরমদা মখোয় তুমু থুংবা ঙমলে । শাজৌ মপাগী ঙাই অমগী শুমাঙ মচিদা চাক থোংদুনা চাবা তোকপগা চেঙ খর ব্রাল্লে, মখোয় অমুক চৎপা হৌরম্মী । নুমিৎতুগী অহিংদি শাজৌ চেনবমুক য়াঙনা মাঙ থাখি ।

তরেৎনিশুবা, নিংথৌকাবা নুমিৎকী, নোংঙাল্লমদাইদা মপা-মচা মখোয় অহুম য়ূমগী মাঙ্গোল কাখৎলক্লুনা থোঙ থিল্লুই । শাজৌ অব্রাবা মাঙখ্রবগুম কৌরম্মী, " ইমা, ইমা, থোঙ হাংঙু, পাবা য়ৌরক্লে ।"

শাজৌ-মমা মঙগুম হিপফমদগী চেন্থোরক্লুনা থোঙ হাংলুই । তোমাল অমসুং শাজৌবু চেৎনা কোল্লগা কপ্লম্মী, " ঐখোয় হিংলে, ঈশ্বরনা চানবীরে।"

তোমালবু শাজৌ মপানা য়াম্না নুংশিনা কোল্লগা থাগৎখি । নহা অনী ব্রামনখিবনা তুংগীদমক ব্রারী খাক্লবগুম পোখানরুনবা কায়নরে ।

মমানা মপাদা হায়, " ঙাইহাক তূম্নবা য়েংবীবনা ফরোইদ্রা ?"

" ঐ তূম্বা য়াররোই ।"

" অসুক য়াম্না ব্রাহনবসি মখোয় চুমদবনি ।"

" ঙম্মি হায়দুনা সমোন হেক্তা তৌহল্লিবনি, য়েংনবা তারে, ঐনা করি লানখিবা লৈবনো ।"

" লোইরে লোইরে, অমনা অমা তম্লে, ঙাইহাক লৈর পাউ

অমা ; বামোন অহলগা নিংথৌগা হরাওবদা লোইরে । কেশ কারক্লরোই, ফাদোক শোয়দনা তারগদবনি, মী খুদিংমক্তা ব্রারী তৌই হায়।"

" হয়েং ঐ উবদা ব্রাস্তুজরনি ।"

" মখোয় পাবা, মশক খঙদবা নুপা অমা লাক্লম্মী, অরোনবা ব্রা খর হায়রম্বনি।"

" কনানো ? করি হায়রম্লিবা ?"

" থোক্লরিবা কেশকী মরোল মহাকসু ফজনা খঙবগুম তৌই । কেশ লোইশিনবা য়ারগনি হায়, ঐখোয়না ঙম্লগা ।"

" করম্না ?"

" লৈখিদ্রবা মীশক অমগী শ্রাদ্ধ ইমুংদুগী খুদোংচাবা নুমিৎ অমা য়েংলগা মশাগী দিক্ষা-গুরুনা পাঙথোকপদা ধর্মনা দোষ থিদে । ব্রাফম অসি ময়াম্বুং ইবুংঙোনা তাকপীরকপনি, য়াথং অদু ইন্দুনা শ্রাদ্ধ শোঞ্জখিবনি হায়না খুম্মু তাকপীরম্বনি ।"

" মীশক্তুবু করম তৌবগে ?"

" নহানি, মশা পায়, মনা ফস্তক তৌই, য়াম্না চাউ-শাংবা নত্তে। ঐখোয় লমদমসিগী মীসু মান্দে।"

" ওইরমগনি খনবা অমদি লৈরে। তাকপীরম্লিবদু য়াম্না ফরবনি।"

শাজৌ মমা-মপানা ঙাঙনবা তায়। থাবল্লেনা মকুবোক্কী ঈরুজনবা ঈশিং লুম্বা লোইখ্রে ।

পূং তরা মমাঙদা শাজৌ মপানা পঞ্চায়ত চঙলকপা উবদা বামোন অহল ঙকখিবনা নুঙগী মূর্তিগুম লেঙদনা য়েংলম্মী । মহাক্কী মায়থোং খংমক মকশিল্লি । দরবারগী জুদিসিয়েল মেম্বরশিং থুংলবগা কেশ হৌরে । বামোন অহলগা শাজৌ মপাগা অব্রাই অখুমদা কন্তক কন্তক য়ুংখৎনৈ । মমৈথংদা শাজৌ মপানা মেম্বরশিংদা হঙ্গৎলম্মী, " ননাই ঐদি করিসু খঙজবা নত্তে । লৈবাক্কী অঙম অথৌশিংদা লঙজনবা ইতিক লৈজদে। ঐগী খুশি রাশিদা কর্ম পাঙথোকচখিদে । দিক্ষা-গুরুনা অফবা নুমিৎ লেপ্পগা শ্রাদ্ধ শোনবদা অকায়বা লৈতে হায়না তাকপীরকপা ময়াম্বুং ইবুংঙোগী য়াথংবু ইঞ্জদুনা কর্ম পাঙথোকচখিবনি । মসিদা ঐগী ইরাল লৈরবদি চৈরাক্তু ফিগাও শানা য়াজরি ।"

বিচারপতিশিং মহৈ মহৈ অমগা অমগা য়েংনৈ । খুদক্তা কেশ লোইশিনবগী রায় হায়দোক্লে । বামোন অহল অমসুং নিংথৌ অনীবু লুপা তরা তরাগী জোরী থীহনখ্রে ।

কেশ ওল্লবা শাজৌ-মপা অৱাবা পূন্নমক কাউখ্রে । নহা অনীগী থৌনাবু পুক্লিংদা ৱাংনা থাঙ্গৎতুনা ময়ূম হল্লকখি। –

ওসি মচাগীদমক পুরিবা মৈচাকসিনা শাজৌ শাংলবা চীং লম্বীদা মপানা মহাকপু পোদুনা পুখিবা কাউহল্লি, মহাক মচাগীদমক অৱাবা খুদোংথীবা করিগীদমক মায়রোং য়ারোইদগে হায়বসি তত্তনা ফাওরক্লিবা ৱাখলনি । অদুগা, ময়াম্বা অমসুং মরুপ অনীমক শক্তুনা লাকখ্রবা তোমালনা মতম পূন্নমক্তা মহাক্কীদমক চাউনা শয়েঙ তিংবীখিবা কয়া মহাক নিংশিংদবা নত্তে। চিরবা,ৱারবা মতমসিদা তোমাল শোয়দনা মহাক্কীদমক চোংথোকপীরক্কনি খঙলবসু শাজৌ পাউদি পীনিংখিদ্রে।

# ১৩

মোরেদগী পীরখিবা পাউগী অশেংবা মরী-মখোঙ খঙদোক্লবা যাম্না খুনমক হুল্লেন্দা চৎতবা য়াদ্রে হাযবসি থাবল্লেনসু মহাক্কী অকনবা মত পীরে। তঙাই ফদ্রবাদি মহাকসু চৎকনি লেপ্পি, মচাগীদমক মমানা তৌবা ঙমদবা কবি লৈবি হায়বসিনি।

অযূক ঙস্তা মী থাদুনা কৌহল্লুবা নিংথেম থুংলরবদা ইমুং-মনুংগী মী য়োমশিন্দুনা ব্রা তানৈ। হুল্লেন য়ৌবা নুমিৎ মরি-মঙানিগী লম্বীনি, মণিপুরগী চীংলোন কয়াগী মথক্তা অঙ্গো চীংজাউ খোঙনা লানগদৌরি। মোবে ফাওবদি হব্রাগাড়ীনা চৎলবসু মথংদি অশুকপা জঙ্গলগী অরোনবা খোঙ লম্বীনি। হঙ্গৎ-হন্দাদা নুমিৎ তরানিদগী তাদনা চঙগনি, মদুসু চৎপা কনবশিংগী ৱানি। লংফৈগী থবক্তা চঙগদবা অকক্লবা মতম হায়বা য়াবা নত্তে। ফিভম অসি মুন্না পারগা নিংথেম্না হায়, "যূমদা থল্লিবা পোৎসি তমুবীদা শিন্নরম্নগা ঐনা ইকুবোক্কী তুংইন্দুনা লংফৈ চৎথোকপা হায়বসি অশিংবা থবক ওইরোই।"

"ৱাফমদু ঐসু য়ানিংঙি, অদুবু ইথন্তা চৎপা তারব্রা?"

"ইকুবোক, অরূম-অয়াংসি অমুক্তং মুন্না খন্নখিসি হঙ্গৎচনিংঙি, অদুগা মরূপ-মপাংশিংগী করি মতেং লৈরি হায়বদুসু।"

নিংথেম্না শয়েঙ তিংদবা মতৌ য়েংলগা হুল্লেন চৎপা য়াওগে চোংথোক্লম্বা লৈকাইগী মী খরগী পুক্লিংদা হঞ্জানবা মওং লাকখিবদু শাজৌনা

উরে। মহাক কনাদসু য়েৎলরোই খন্দুনা থাবল্লেবু ইমুংগী কা অমদা কৌশিন্দুনা মপুক্লিংদা চিংনদনবা ৱা হায়রম্মী," থাবল্লে,ঐগী চেঙয়োম চেঙজেন লাঙলো, পাউ পীরকপা মোরেগী নুপাদুগা তানরগা মখা থবক লেপ্লুরগে। চৎকদবসি মীরৈবাক্তনি,হৌজিক্তি চঙথোক-চঙশিনগী অথিংবা লৈখ্রবনিনা মী য়াম্লগা হেন্না খুদোং চারোই। নঙ করিমত্তা নথ্বায় ৱাগনু।"

" অসুক শাংবা লম্বীদা অমত্তা চৎপসি চুমদে,মী অমদি লোয়নবা তৌসি।"

" ঐ নঙগী ৱাফমদু লোইনবা ভাব তাই,মোরে য়ৌরগা ফজনা শীন্নরগে।"

কনাদসু য়েৎলরোই খন্না মথন্তা লাকখিবা শাজৌ মোরে য়ৌরক্লে। মহাক পাউ পীরকপা নুপাদুগী যুমদা থুংলম্মী। নুংঙাইজদ্রবসু যুম্বু পাউ তমদবদি য়াখিদ্রে।

" তাধন,ঐঙোন্দা তম্ফা কৌবা হুয়্লেনগা মায়োক্লনা লৈবা মৈতৈ খুঙ্গং অমদগী নুপা অমনা পাউসি তশ্লম্বনি। মহাক্লা মফমসিদা লাক্লম্বসি নুমিৎ মঙানি শুরে। য়েবো পার্টি য়াওবা মৈতৈ পাখং মমিংনা থোইবা কৌবা অমা মী তরানিথোই শিখিবদা য়াওখ্রে হায়রম্বনি। পাখংদুগী মমিং-মথা,লৈফম্লচিংবসু মহাক্লা তাক্লম্বা ঙাক্তনি। অঙাংদু তাধনগী ইচানি হায়বা চুম্বীরব্রা?"

" মিং যূম্লাক অমদি লৈফম চুম্লে। শকফমদি করি ওইনা তাকপীরম্বগে?"

" কুচু ঙৌই, মরেপ ৱাংঙি, মশা পায়,খদাংদা শম্বু অমা থুংঙি হায়রম্মী। লাইরিকসু য়াম্না হৈ হায়।

" মীশক্তু চুম্লবনি ইনাও।" শাজৌ মমিৎতা ঈরা চেল্লি।"লৈখিদবগী মওংদি?"

" বর্মা সিফাইশিংগা নোংমৈ কাপ্লবগী থৌদোক্তা লৈখিদবনি।"

" মফমদি?"

" হংজহৌদ্রে। অদুবু হুয়্লেনগী অদুৱাইদা ওইরম্বা তাহ ।"

" মাগী হকচাংদু লৈরোল চনখিব্রা,মৈ থাখিব্রা?"

" অদুসু হায়রমদ্রে।"

" তম্ফা হায়বা নুপাদু হৌজিক মহাক্কী খুন্দুদা শোয়দনা লৈরমগদ্রা? মহাকপু করম্বা মীওইনো?"

" লৈরমখিগনি খঞ্জে। মহাকসি লৌ-ইঙ্খোল কোইদুনা লৈবা মী ওইরমল্লে। করি করিগুম্বদা নিংথি তুরেন্দা ৱাগী কারবার তৌবগী ৱারীসু তৌই। মহাক্না অঙাং অদুব্ন য়াম্না নুংশিনা শোল্লম্মী। করিগুম্বা মহাক থেংনদ্রবসু মফমদুগী অতৈ অতোপ্পা মীশিংদা হংবদা অশেংবা পাউ শোয়দনা ফংবীবা য়াই।"

" অদুদি ইনাও,ঐসি হুল্লেন য়ৌবনা ফরে?"

" অশেংবা পাউদি মফমদুদগী খঙবীরগনি। অদুবু?

" করিনো ইনাও?"

" তাধন খক্তা,কনাসু লোয়নবীরোয়দব্রা?"

" হোয়, ইথন্তনি। মতাংসিদদি মী লোয়নবা নৎত্রগা লোয়নদবগী খেন্নবা লৈত্রে।"

" অৱালোন্দি খঙবীব্রা?"

" খর খর খঙজৈ।"

" লম্বীদি?"

" করিমত্তা খঙজদে,ইনাওনা চাওরাকপা অমত্তং তাকপীবা তারে।"

মোরেগী নুপা ঙাইহাক ৱাখল তৌই,শাজৌদা ঙক্তক য়েংলগা হায়, " তাধন, মফমসিদগী কোন্দোং তানবীরো,মথংদা মংসা,অদুদগী ফায়াং হংবীয়ু। ফায়াংগী মথংদা তাপ লৈ,মথংদা চীংজাউ লাল্লগা হুল্লেন থুংগনি। কন্না চৎলবদি নুমিৎ মরিনিদা য়ৌনৈ।"

মোরে নুপাগী য়ুমদা অহিং অমা পল্লম্লগা শাজৌ নোংঙানবগা কোন্দোং তম্লকই।

কোন্দোং য়ৌরকপদা খুলগী মীশিংনা শাজৌদা হুল্লেন চৎপগী মরম য়াম্না হংলম্মী। অদুবু মহাক্কী শাগৈগী মী অমা মফমদুদা খুন্দাদুনা লৈখ্রে, মহাকপু উনবা চৎলিবনি হায়না খুম্বদগী মখা তানখিদ্রে।

মংসা য়ৌরে,মফমদুদা খুন্দারম্বা মৈতৈ খরগা শাজৌ ফম্মিন্নদুনা

ৱারী শানৈ। মখোয়গী ৱারীদি মণিপুরনা ভারত্তা তিনখিবগী ৱাফম্না য়াম্মি। শাজৌ মদুগী মরমদা থোইনা খল্লুদবনা তুমিন তায়। মখোয়গী মরক্তগী অমনা হায়রকই, "ইচিন-ইনাও, মণিপুরনা ভারত্তা তিনখিঁৌদগী চঙথোক-চঙশিন্দা অথিংবা লৈখ্রবনি, মমাঙঙৈগী মতমদু নৎত্রে, চেকশিন্না চৎপীয়ু, বলিকশিংনা ফাদনবা।"

মংসাদা অহিং অমা লেক্লম্লগা শাজৌ ফায়াং তম্লকলে। মৈমুক শাবা উফুলনা খুজেং থানা কূপ্লবা লম্বীদা ষনগাড়ী পরেং পরেং চৎলি। চাকা ময়াম্না চাইখৎলকপা উফুল মরক্তা য়েনগী পোলাং, চুজাক মনা, মঙ্গেনচিংবা অচৌবা ময়োম পুবা নুপা নুপী ময়াম অমসু চৎনরি। অচৌবা চীংশু, খাঙ্ক্রা অমসুং য়াঙৌ মরক্তা ফাওদুনা চৎলিবা লম্বীগী মাঙ অমসুং তুংগী অথাপ্পা খব উবা ঙম্বা নত্তনা নাক য়েৎতি লিৎতুনা চৎপদা ৱানা থোক্লবা নারক-মোঙশোংনা অয়াম্বনি। লংফৈ চৎপা মৈতৈ অহলশিংনা উচু লময়াই কৌনবা মফমসিদা মাইপৌ, কুরাও অমদি চীংথ্রাওগী মপান্না বসন্ত ঋতুগী মশক্তি তাক্লি। অশুকপা উমংদগী খোংলকপা লময়েনশিংনা শাজৌবু অনকপদা খুল লৈরবোই হেক হেক নীংহল্লি। শারবা খোঙচৎ অদুগাদমক খন্দুনা পুরকখিবা তুম্বাগী ঈশিং লোইখিবা কুইরবনি। খৌরাংবনা চাকখেল্লব মতমসিদা অপিকপা লৌখুল অমা শাজৌনা থেংনরে। মী লৈবদি উদে, অদুবু শঙ মমাঙদা ঈশিং চফুদি খিল্লি। শাজৌনা ঈশিং থক্লিঁৌদা অথাপ্পা শঙ অমদগী নুপা অমনা কৌরকই, "হো কনানো? করি লম য়ৌগদবনো?"

"হুন্লেন চৎলিবনি।" শাজৌনা খুমখি। "অসিগী মথংদা করি খুল লৈবগে?"

নুপাদুনা লাউরকই, "তাপ, ঙসি মফমদু য়ৌবা ঙম্লোই, ঐগীসিদা লেকখ্রো।"

নুপা অদুগী নুংশিবা ৱাহৈদা শাজৌ পেল্লি, ইকাইজৈ। হেন্না পেনখিবদি মহাক্কী ফজবা সেবা অদুনি।

মথং অয়ূক্তা শাজৌ কবো নুপানা তাকপা লম্বী ইন্দুনা চুমদ্রিং লাক্লম্মী। উতোংচাক অমদি ঈশিং থন্না য়াওরবা কোরেক অমা পুরিবনিনা অরাম-খৌরাংবগী অকিবদি থোইনা লৈত্রে। মী লন্না লন্না থেংনবা লম্বী অদুদা পিথাদোই, খোইনিং, উতুবী, চোঙারাবনিচিংবা উচেকশিংগী নুংশিরবা

খোঞ্জেলনা মহাকপু নাইতোম চৎপগী অৱাবা কাউহল্লি। মহাক চৎনা চৎনা খল্লি, মচানুপাবু অমুক্তং উনরগা মথানুংদা চেৎনা কোঞ্জবা ফংলবদি শিরবসু য়ারে। মরক মরক্তা থাঙ্গৎপদা ৱারবা মখোঙ অনী নাল্ল-নাল্লদুনা উরুমদা ফম্বা মতমদা মহাক মচাগীদমক ওন থোইনা খাঙহৌবী মমাবুসু নিংশিংলি। নুমিদাংৱাইরম নুমিৎনা মণিপুরগী চীংলোন নাপোম মরুমদা লৈথখ্রবদা মহাক তাপ থুংলে। খুলগী চিদাইদা লৈবা য়ূম অমদা চঙদুনা য়ারেকচগে হায়জরুই,লংফৈ চৎপনি খঙবনা য়ূম্বুনা মহাকপু তরাম্না কৌশিনবীরম্মী।

মথংগী নুমিৎ য়ুংবা মতমদা থুম শুংফম মোলনোই খুল লাল্লগা অৱাংবা চীংগী লম্বীদা শাজৌ মতম য়াম্না শাংনা চৎলম্মী,চীংলোন কয়ানি লানখিবা। য়াচংবা মতমদা নিংথি তুরেল তোর্বান য়ৌরবদা মহাক্কী ৱাখল অচৌবা ঈথক ঈপোমগা লোয়নবা ঈচেন্দা তিন্দুনা তাওথখিবগুম নিক নিক লাউই।

তুরেল ৱাংমদা,সহরগী শক্তমদা উবা অচৌবা খুলদু হুল্লেন্নি হায়বা শাজৌদা থেংনবশিংনা তাক্লম্মী। লম্বীগী নাক-য়েৎতা খুন্দারিবা অৱাশিংদগী খজিক্তং লাপথোক্লা লৈবা মৈতৈ খুঙ্গং মচা অমদা তম্ফাগী য়ূম ফংবতা নত্তনা মশাগসু থেংনরে। মণিপুরদগী য়াম্না ৱানা নুমিৎ মঙানি চুপ্পা লাকপনি তাবদা পোকখিবা নুংশিবগী মথক্তা থোইবাগী অপোকপনি হায়না তল্লকপদা তম্ফা শাজৌবু চেৎনা কোন্দুনা কপখি। ইমুংদা চঙদুনা মখোয় অনী মায়োক্লনা ফম্মিন্নে, অদুবু পুক্লিংগী ঈথিল ফাথনবা হোৎনবদা মখা ঈহং-পাউহং চৎথবদি ঙম্নদনা লৈরে। মশাবু ফজনা লাকশিঞ্জরবা তুংদা তম্ফা নোল্লুক্লা হায়রকই,“ তাধন,হান্না অমুক্তং হকচাং শেংদোকপীখিসি।”

“ অশেংবা পাউগীদমক য়াম্না খৌরাংলে ঐসি,ইনাও।”

“ তাধন,তমজগে। চাক খজিক্তং চানবা তৌবীখিসি।”

তম্ফানা কন্না তকপদগী শাজৌ তুরেল কূমদুনা ঈরুজরম্মী। তোর্বান কাগুপ অনীমক্তা অঙৌবা নুঙজ্রেংনা ঙমখৈ চাউনা শন্দোকখিবা নিংথি তুরেলগী অরুবা লাইজদা থম্মোয়নুংদগী হৌরকপা মচা নুংশিবগী ঈহৌ তিনখ্রে। মহাক্লা তুরেন্দগী কারক্তুনা মফি-মরোল হোংবা লোইবগা য়ূম্বুনা

চাক্কী থৌরাঙ কন্না হোৎনরম্মী। যুগ কয়াদগী লৈমিন্নরক্লবা মচিন-মনাওগুম মখোয় অনী য়েংন-য়েংন চাক চামিন্নে। নুমিদাংগী পূংফম চঙশিল্লক্লবদা থাউমৈ ময়াদা মখোয় ফমথরম্মী। য়ূম্নু ৱারী হৌই।

" তাধনগী ইচানুপা থোইবাদু ইচামক্লুম নুংশিজৈ। নুংশিবদা মতিক চাবা অঙাংনি, পাম্মুজখ্রবা। মৈতৈশিংতা নত্তনা অৱাশিংনসু য়াম্না লুনা তৌবীখি।"

"ইনাও, নচাদু লৈখিদ্রে হায়বসিদি চুল্লেকো? ৱারীদু অমুক্তং.....।"

" তমজগে, লৈগী দোলাই তোংদুনা স্বর্গ কাখিবগী ৱারীনি । খূৎলাই য়াওদ্রবা মহাক্লা য়েক্লবশিং তম্না চেনশিল্লগা নোংমৈ মুন্নবা হোৎনখিবনি।"

শাজৌ ঙাইঙমদে," থৌদোক্তু উবীহৌইকো?"

" চাকখ্রেদা তাধন, ইমাঙমক্তনি, অকনবা লালনি। বর্মা সিফাই চাম্মরোম্না মখোয় তরানিথোইগা কাপ্পখিবদু।"

" মফমদি?"

" অসিদা, মী তরামাথোইবু চিংদুনা থোইবা খুলসিদা লাকখি । অৱাংথংবগী লোন্নবা য়ূমসিদা মখোয় থুংলম্মী। হৌজিক্তি য়ূমদু তুম্না চাকখ্রবনিনা উররোই। ইমুংগী মীশিংসু কিবদগী অমুক হল্লকখিদ্রে। ৱারীদু অসিনি, তাধন, মখোয় তরানিথোই অয়ুক্কী চাক চানবা পাখং অনীনা য়ূমলোন্নবা ইমুংদা শেম শারম্মী। অতৈদি ঐগী শুমাঙদা লীগী বোল অমা থোমদুনা শান্নে। মখূৎ য়াওদনা খোঙ অমদি কোক্লা থোমদুনা শান্নবনি। ঐ অঙাংশিংদুবু পীজনিংবনা নিংথিদগী ফাবা শরেং অমা লৈরুরগা ঐগী য়ূমদা থোংবা কন্না হোৎনরম্মী। নুমিৎতু ঐগী নুপীদি মপাম চৎখি, নোংমগী লম্বী লাপ্পা লৈবা নিংথি হায়বা খুল অদুদনি, হৌজিকসু মহাক মপামদুদা লৈরি। ঐ চাক থোংনা থোংনা মখোয়না হুমাং তানা শান্নবদু য়েংবা তোয়না মপান থোরকই। চাক থোংবা লোইরে। খর ঈংথবা ঙাইরিঙৈদা অথাপ্পদগী লাউরকপা অহৌবা খোঞ্জেল অমা তায়। শান্নরম্বা পাখংশিংদু মখোয়গী খুৎলাই থম্ফম য়ূমদা খুদক্তা চেনশিন্নখি। ঐ ইঙক ঙক্লম্মী, অঙাংশিংনা লাউদুনা শান্নৱা খল্লুবনি। কন্না কন্না লাউবা তোইশিল্লকপদগী বর্মা সিফাইশিংনি হায়বা খঙলক্লে — 'খুল অসি ঐখোয়গী সিফাইশিংনা কোয়শিন্দুনা থম্লে। নখোয় খুৎলাই থাদোক্তুনা মিনিট তরাগী মনুংদা চঙজৌ।

অদুগা,খুল অসিগী মী পূম্নমক যূমদা লৈবা য়াররোই , তুরেল মপানলোমদা থোরকউ। হায়বা ইন্দবশিংদি শিগনি।'

চেন্থোরকখিবা খুঞ্জা পূম্নমক পরেং অমত্তদা তোর্বানলোমদা চৎহনখ্রে। মখোয় ইপা পাখৎনা নিংথি খোঙবান তম্না য়াম্না লাপ্না চেন্নখি। ঐসু ময়ামদুগী তুং ইল্লম্মী, অদুবু পংলাপ লাপ্নদি চৎখিদ্রে, অকুৎপা মফম অমদা ফমথরুরে। বর্মা সিফাইশিংনা লাউরবসু য়েবোশিংনা চঙজরক্ত্রবদা নোংমৈ কাপ্না হৌখ্রে। নাকল অনীগী নোংমৈ মখোলনা পূম্নিল নিল্লি, তশেংনা অনীশুবা লাঞ্জাও নিংশিংহল্লি । য়াম্না কুইনা কাপ্নরবা তুংদা য়েবোশিংগী মায়কৈদগী নোংমৈ মখোল তাদ্রে, মরূ লোইনরম্লগনি হায়বা লায়না খঙবা ঙম্মি। ঙাইহাক লৈরগা মখোয়না লৈরিবা যূমদা বোম কাপশিন্দুনা মৈ থাগৎখ্রে। উপায় লৈত্রবা য়েবো সিফাইশিং অৱাংবা কাংথক্তগী চোংথদুনা নোংমৈ মুন্নবা য়েক্লবা তম্না লৈমায়দা ওন্দুনা, চোংদুনা চেনশিন্নরকই। বর্মা সিফাইশিংনা মখোয়বু মথং মথং কাপ্তুনা হাৎখ্রে। ঐনা হৌগৎতুনা য়েংবদা বর্মা সিফাই অমগা থোইবাগা নোংমৈ মুন্নবা উই। অদুবু অতোপ্পা অমা চেনশিল্লক্তুনা শঙ্গিন্না থিনবদগী মহাক তুখিবা মীকুপ্তগী নোংমৈ মখোল লেপখ্রে। খুঞ্জাশিংসু অমত্তা উখিদ্রে। কায়দুনা চেন্নখিবা খুঞ্জাশিং নুমিৎ মরি মঙানি ময়ূম ময়ূমদা হঞ্জিন্নরকখিদ্রবসু ঐদি বর্মা সিফাইশিং চৎখিবগা অদুম চঙলে।"

" অশিবা হকচাংশিংদু থম্লম্ব্রা নৎত্রগা পুখিব্রা?"

" তেম্বোদা মখোয় তরানিথোইমক হাপকৎতুনা পুখ্রবনি। মৈ থারমগদ্রা নৎত্রগা ফুন্নমগদ্রা হায়বদুমদি খঙবা ঙমজদ্রে।"

" ইনাওনা অঙাং অদুগা মতৌ করম্না খঙনবীরুবগে?"

" থোইবা য়েবো অমা ওইননি অঙ্গো চীং অমদি নিংথি খোঙবান্দা তাবা খুলশিংদা ঐগা তোয়না উনখি। অরোনবা খুৎলাই পায়বা সিফাই ওইরবসু মহাক অৱা-অনা তারবা খুঞ্জাশিংগী মতেং য়াম্না পাংলম্মী। লংফৈ চৎপশিংদগী লুট-পাৎ তৌদুনা পোৎ মুনবা অমদি নুপী অঙাংবু অৱাবা পীবা লমচৎ নাইদবা মীশিংবু মখোয়না চৈরাক পীবদগী অশাংবা জঙ্গলগী লম্বী লানবশিং তৌবশিং নীংখা তম্না অকিবা য়াওদনা চৎপা ঙম্নখি। থোইবা নোংমা ঐগী যূমসিদা কোয়রক্লম্মী। লাইরিক হৈবা মী

ওইবনা মহাক্না ঙাঙবা তাবা য়াম্না নুংঙাই। নুমিৎ অদুদগী ঐখোয় অনী শকখঙনবা হায়বদু ওইখ্রে। মহাক্না খুলগী অঙাংশিংবু লাইরিক তম্বীবতা নত্তনা অহলশিংবুসু বর্মা লৈবাক্তা চৎনরিবা সাসনগী অশোয়বা তাকই, লোয়ননা পৃথিবীগী লৈবাকশিংদা ওল্লক্লিবা য়াওল, মীওইবগী নীংখা তম্বগী অধিকার অমসুং চৎনরোল ফজনা তম্বীরম্মী। মখোয়বু খুলগী মীশিংনা পীজ-পীথক তৌবদা পাম্মুবা করিসু লৈনখিদে। ইমুং অমগী মথংদা ইমুং অমনা চাক্লৌনরম্মী। অদুন্নদি ওইরগা, মখোয়বু য়ূমথুংফম পীবা মীশিংবু সরকারনা অরূম্বা দণ্ডি পীবনা য়াম্না কিনা চেকশিন্নদি লোইনখিবনি। থোইবা লৈখিদ্রে তাবদা লমদমসিগী মী খুদিংমক নুংঙাইনখিদে, হৌজিকসু লেপ্তুনা শোন্নরি।"

" মখোয়গী মরক্তগী হিংনা ফাখিবা অমত্তসু য়াওখিদ্রবনিনে?"

" য়াওখিদ্রে তাধন, পূম্নমক অশিবগী খায়াৎতা চোংশিন্নখ্রে। মী মশীং য়ামদবা, খুৎলাই মরূ ৱাৎপা মখোয়না অদুক য়াম্বা য়েক্লবশিংগী মাঙদা কয়া কুইনা খাঙবা ঙমগনি। অদুবু মখোয় নুপা ঙাক্তনি, কনা অমত্তসু চঙজখিদে।"

" খুলগী মী পূম্নমক চেন্নখ্রে, ইনাওদি লৈহৌরি, মদুগী মখা তাবদি?"

" ঐনা য়ূমদা চঙখিবগা থোঙ, থোঙনাউ অমদি ফক্লাংগী উবাক পূম্নমক কায়-তোইবনা য়াম্লম্লে। চাক এঞ্জাংসু পূমচাই-চাইরম্লে।" তম্ফানা মফম খরদা খূদোম্বী থিল্লি, " য়েংবীয়ু তাধন, অহোবা মখুলশিংসি।"

" ঐনা হংজরিবসি সরকারগী মায়কৈদগী মখা ঈ-পাউ অমদি খুঞ্জাশিংদা ৱাহং-পাউহং ..... ?"

" পাউ করিমত্তা পীরকখিদে, হংলবসু তৌদে। ঐদি অদুম লেঙদনা লৈরবনি। মনিৱারোমদা থাখিগে খন্দুনা পৈশিল্লুবা ৱা ঙসি ফাওবা মফম লেঙঙুদ্রে। মরকসিদা ঐ মোরেদা পাউ পীবা চৎলুবনা থা মখাইমুক্তি য়ূম থাদোকখি।"

" ঙাইবীখো ইনাও," শাজৌনা থৎলি, " থোইবাগী ওইবা পোৎ, হায়বদি ফুরিৎ-খোংগ্রাউ, টুপীনচিংবা অমত্তা লৈহৌদ্রেকো ?"

" থোইবাগীতা নত্তে, অতোপ্পা মরুপশিংদুগীসু অমত্তা লৈহৌদ্রে,

মৈনা তুম্না চাকখ্রবনি।"

শাজৌ ব্রাখল তৌরিঙৈদা তম্ফা হৌগৎলকখি," তাধন, থোইবানা ঐঙোন্দা পীরম্বা অমদি লৈ। ঐ গঞ্জা খর খর থকচৈ, অদুনা মহাক্কীদু ঐনা নিহৌবনি।

" করিনো ?" শাজৌ ইখং খংঙি।

" ছুরি মচানি, ঐ পুথোকচরক্কে।"

তম্ফা মহাক্কী তৃম্ফম কাদা চঙখি। মোন ময়াদগী ছুরি অথুপ্পী, লৈরোং য়েকপা চানা মখোক পানবা অমা পুথোরক্কুনা শাজৌদা পীরৈ।

" তাধন, মসি থোইবানা পায়রম্বা ছুরিনি।"

শাজৌ ছুরি য়েংলগা কপ্লকই," চুম্মি, থোইবাগীনি। লাঞ্জাও মতমদা অমেরিকান সিফাই অমনা মঙোন্দা পীরম্বনি হায়, য়াম্না পাম্নুনা লোংতুনা থম্লম্বনি।"

শাজৌ ব্রা মখা তাখিদ্রে। থোইবা শিখ্রে হায়বা ব্রাফমদা লৈরম্বা চিংনবা পুম্নমক কোকখ্রে। যূমদা হল্লগা লৈখিদবা থা অমা ফারবা মচাগী শ্রাদ্ধ শোল্লুনবা খনবা হৌরকই, খোঞ্জেল থোক্লা কপ্লক্লে," ইপাগী ইবুংঙো ! থোইবা নুংশিবা ! অসুক য়াম্না থাপ্লবা লমদম অসিদা, নঙগী অরোইবা মতম অদুদা ঐখোয় কনা অমত্তবু নিংশিংখিদব্রা? নমাবুসু কাউখ্রবকো? ঐবু যূমদা করি পাউ তম্লু হায়বগে? নঙনা ইপাবুদি য়াম্না ব্রারৌখ্রে খঙঙি। ফৈ, অদুবু ইপানদি নঙবু করম্না কাউগদৌরি !"

শাজৌ য়াম্না কুইনা কপখি। তম্ফাসু মশাবু ফাথজবা ঙমদনা কপ্লি।

" ইনাও, অঙাংদু ইহান হান্না লমদমসিদা কনাগা লোয়ননা লাকখিবগে?" শাজৌ মপী তৈথোক্লগা মখা তারকই।

" অহল অমগা।" তম্ফা য়াম্না খঙনা হায়। " অহলদু মহারাজগী মমাক ইবুঙোনি, ফম্নাইবা অমসু ওইরম্মী হায়নৈ। মহাক মমল লৈবা ব্রা য়াম্না ঙাঙঙি। স্বাইগী মীশিংনা মহাকপু গুরু কৌনৈ, কৌবদসু মতিক চাবনি। লাইরবা কোক্লবা, লৌমী শিন্মীশিংগী নুংঙাই য়াইফনবা লম্বী তাকপা ব্রাফম ঙাক্তনি মহাক্না ঙাঙলম্বা। হৌজিক্তি গুরুদু শিখ্রে।"

" মতৌ করম্না? কদাইদা?"

" লৈখিদবদি সেরো তাংবো খুন্দনি। ঐগী যূমসিদা নাদুনা মতম

খর লৈরম্মী।”

“ মহাক করম্না নারকখিবগে?”

“ হৌরকখিফমদি খঙহৌদ্রে। ঐনা গুরুবু ওন্দাওদা থেংনবা মতমদা য়াম্না শোল্লম্লে। মফম অদুদা কয়া লৈনিংদবা উবদগী ঐনা হিদা পুরকখিবনি ; মতম খরদি য়ূমসিদা গুরুবু সেবা তৌজখি। ফনা কন্না হীদাকলাংথক পীজদুনা হোৎনরবসু,ইফ ফগৎলকখিদে। পাউ খরদগী মহাকপু অতোপ্পা মফম অমদা থৈদোক্তুনা থম্বনা ফরগনি খন্নবদগী চীংনুংগী তাংবো খুন্দা থম্লুই। মফমদুদা কুইনা লৈরমদ্রে,নোঙ্গাখ্রে।”

“ সেবাদি?”

“ মৈতৈশিংগী চৎনবীদা চপ চানা পাঙথোকখি। হকচাং মৈদা তুমহনবগী সংস্কারদা মী ওই কয়ানা শরুক য়ারম্মী। হৌনবী কায়দনা খুলসিদা মহাক্কী শ্রাদ্ধসু শোনখি। মহাক লৈখিদবগী পাউ অদুসু ঐনা মোরেদা চৎতুনা পীজরুবনি।”

“ তাংবো মফমসিদগী কয়া য়াম্না লাপ্লগে?”

“ অথুক অমগী লম্বীনি। খঙবীনিংলবদি মোরে থোকখিবা লম্বীদা চঙবীরম্বা য়াগনি।”

তম্ফানা হায়জবা মতুংইন্না শাজৌ হুম্লেন্দা নুমিৎ নীনি পল্লম্লগা মণিপুর পাংলকই। তম্ফানা মহাকপু মোরে ফাওবা লোয়নরবা ইল্লকখি। লালফমদা মথ্বায় থাখ্রবা মচাগীদমক খাঙঙমদনা ব্রারুবা শাজৌ থম্মোয়গী ওমচাক্লবা অমদি কোক্লে,মখোঙনা থোংনা লাক্তুনা অশেংবা পাউ খঙদোক্লে। উনবা কায়নবা হায়বসি মহাক্কীদা থৌদাং নত্তে, অমর কনা লৈ,অহান অকোনগী সংসারনি মহাক তত্তনা নিংশিংলি। শাজৌগী অৱাবদা শরুক চাউনা য়ারিবা তম্ফানা মহাকপু নুংশিনা লোয়নরকখি। তাংবো খুল য়ৌরক্লবদা গুরুগী মোংফমদা চৎতুনা মখোয় অনী ইকাই খুম্নবা উৎলম্মী,কোক নোঙ্খি। লৈখিদ্রবা গুরু অদুগা মহাক্কী পুন্সিগা মতাং মতাংদা শকখঙনদবা মরুপ ওইখিবদু নিংশিংলুরগা শাজৌ মিৎলু পিরাং ঈহৌরকখি।

লম্বীদা শাজৌ ময়ূম য়ৌরগা করি পাউ তম্লুগনি খল্লুবদা মখোঙ থাংবা ঙমদবা মতাংসু য়াওই। পুক্লিং ফাজিনবা হোৎনবদা অসুম খল্লি —

তমুবী লৈরি,মমা হিংলি,মখোয়গীদমক মশাগী থৌদাং লৈরি।

নুমিৎ নিনি লাক্কুনা ফায়াং নকশিল্লক্লবা মতমদা বলিক সিফাইশিংনা লম্বীদা শাজৌবু ফারে। তম্ফানা ফনা কন্না হায়জদুনসু সিফাইশিংদুনা মহাকপু থাদোক্লমদ্রে,মীফা ওইনা পুখিবা তারবনি। মতৌদুদা মহাক জেল য়ৌখিবা শোয়দ্রে হায়বসি তম্ফানা খল্লম্মী।

" তাধন, ঐবু পাউসি করম্না পীখিসিগে?" তম্ফা কপ্লকই।

" ইনাও,পাউ চেনবীখিদবদি য়াদ্রবনি।" ৱারী শানবগী মতম লৈত্রবা শাজৌনা থৌনা খোমজিন্দুনা হাযবম্মী," ঐনা ফত্তবা থবক তৌখিবা লৈতে,থোইদোক্লা কিফম থোক্কে।"

" ওন্থোকপনিদা ঐসি,অফ-নুংঙাইগী পাউ অমত্তসু পীবা ঙমজদেকো। অসিমক্তনা ঐবু ইপা-ইপুশিংগী লৈবাক্তা লৈহন্দ্রিবনি হায়বা ঙসিদি খঙজরে।" তম্ফা য়াম্না চাক্লা মপি তৈথোক্কুনা শাজৌবু য়েংলগা লৈহৌই।

মীফা ওইনা লাকখিবা শাজৌ তুমু য়ৌরকপগা সিফাই কেম্প অমদা পুশিল্লম্মী। মফম অদুদা লৈরম্বা সিফাই অমা শাজৌদা মুন্না য়েংলগা মনাক্তা চঙশিল্লকখি।

" খুড়াদি মণিপুবদগী ওইবীরব্রা?" নহাদুনা নুংশিবা উৎলি।

" হোয়, ইবুংঙো, ঐ মণিপুরদগীনি।" লোন্দিন্নবা সিফাই অদুদা শাজৌ ঙক্লা য়েংলম্মী।

" করিগীনো মখোয়না ফারক্লিবা?"

" পাস য়াওদনা বর্মা চঙলকপগীনি।"

" ঐ মৈতৈনি,মরমদু শেংনা হায়বীয়ু,করিনো পাংবা ঙম্বা য়েংজগে।"

" অশেংবদু হায়জগে,ইবুংঙো। ঐগী ইচানুপা অমা মফম খঙদনা মাঙখিবা মতম কুইরে। হুন্নেন্দা শিখ্রে হায়বা পাউ তাবদগী খোঙ্গুল লীবা, অশেংবা পাউ লৌবা চৎচরুবনি,ইপানা অতৈ ফত্তবা করি অমত্তা তৌরুবা লৈতে।"

" ইচানুপাদু মতৌ করম্না শিখ্রিবনো?"

" সিফাইশিংগা নোংমৈ কাপ্নবদা লৈখিদবনি।"

" করম্বা সিফাইগা?"

" বর্মা সিফাইশিংগা।"

" মহাক্তি য়েবো পার্টি য়াওরম্ব্রা?"

" হোয়, ওইরমাল্লে ইবুংঙো।"

সিফাই অদুনা তপ্না হায়রকখি," খুড়া,শঙগী নাকল উরুমসিদা ঙাইহাক্তং ব্রারি শাসি।"

শেন্নবা ময়াম মরক্তগী শাজৌবু নুপা অদুনা তোঙান পুথোক্তুনা ফমথবগা হংলকই " খুড়াগী ইচানুপদু কনাগা চৎমিন্নখিবগে?"

" ইবুংঙো,অশেংবা খঙদে,য়ূমদগীদি মাগী মরুপ অনীগা চীংমী নুপী অমবু লম্বী তাকপা থোকখিবনি।"

" খুড়াগী য়ূমদি কদাইদনো?"

" ককচিংদা লৈবনি ইবুংঙো।"

" ইচানুপাদুগী মিংদি করি কৌই?"

" থোইবা কৌই,ইবুংঙোখোয়গী লেংগানি।"

সিফাই অৱাবগা য়ান্ননা নোকফেৎ তৌখি, চেকশিন্না হায়," খুড়াগী ইচানুপাদু হিংলিবনি,শিখ্রে হায়বা পাউদু অরানবনি।"

" করি হায়বা ইবুংঙো ! থোইবা হিংলি !" শাজৌ নুংদা ফং শাই, মমায়দা হুম্মাং কারকই।

" খুড়া তপথবীয়ু। ঐখোয় অহুম গুরুগী তুং ইঞ্জরকপনি।"

" চীংমী নুপীদুরা?"

" হোয়, খুড়া নিংশিংবীরমগনি খঞ্জে,সমপুবী নুপীদু।"

" নিংশিংলি,ময়াম্মসু চিংনরকখিবনি। মহাক চৎখ্রবা তুংদা সিফাইশিংনা তান্নরকখি। থাইমুক লৈরগা য়াইরিপোক, শলুংফম, নোংপোক সেকমাইনচিংবা মফমদা মখোয়গী কাঙলুপকী মীশিংবু সরকারগী সিফাইশিংনা য়াম্না থীনা ওৎখিবগী পাউ তাখি।"

" ঐখোয় অহুম নুমিৎতুদা গুরুগা লাকমিন্নখিবনি।"

" ইবুংঙোনা সিফাই মরকসিদা হৌজিক্তি করম্না?"

" মখোয়না ফাবদগী নাম্থোকপা ঙমদ্রবনিনা ঐ সরকারগী সিফাই ওইরে।"

“ ইবুংঙোগী অহল লমন,লৈফমদি ?”

“ খুড়া মদুমদি ঐবু ঙাকপিয়ু। ঐগী ফিভমসি যূমলোমদা খঙহল্লরোই খঞ্জখিবা লৈ,পাউ পীনবা তাঞ্জাসু লৌখিদ্রে। অদুবু থোইবানা নোংমদি শোইদনা তম্নুরগনি খল্লি,মতমদু ঐনা মঙোন্দা শিন্নখ্রবনি।

“ ইবুংঙোদি থোরকপা য়াররোইদ্রা?”

“ য়ারবসু লুনা থোক্কনি। ঐ অতোপ্পা দেশ অমগী মী ওইখিবগা লোয়ননা ইথক্তা অথিংবা কয়া লৈ। অদুগা ৱাফম অমনা, মণিপুরনা ভারত্তা পূনখিঁঙেদগী লৈবাক্তুদা অমুক লৈনিংখিদ্রে।”

“ হিংলি হায়রিবা নঙগী মরুপ্তুদি?”

“ মহাক্তি ভারত্তা পূল্লবসু য়াবা মীনি। লৈঙাক সাসনগী মওং অমদি খুদোং চাবা ফংখ্রবা কাঙলুপ্না শোৎথরবশিংবু নমথবীবগী লোনচৎ পামজদবগী ৱানি । মহাক্তি পৃথিবীসি দেশ অমত্তনি, মীওইবা জাতি অমত্তনি হেক হেক হায়বনি।”

“ নখোয়গী ৱাদু ঐখোয়না খঙবদা লুরে। ঙাইখো ইবুংঙো,নঙগী মরুপ থোইবা হিংলি হায়বসিবু ঐনা করম্না থাজসিগে। মাদি কাপ্পবদা শিখ্রে হায়বা মমিৎমক্লা উহৌবা মীশক্লা তম্লক্লবনি।”

“ নুপাদুগী মরন্নাই শাগৎপা অরানবা পাউনি। খুড়াদা ঐনা অশেংবা তমজরি,হৌজিক থোইবা হিংলি। ঐখোয় অনীগী লম্বী তিন্নখিদ্রবসু মা ঐগী মরুপ্নি। মণিপুরগী লম কোংকান থানাদা ঙসি তরানিগী মমাঙদা ঐখোয় অনী ৱারী শানরম্বনি।”

“ মা অসিগুম্বা ছুরি অমা পায়বা উব্রা?” শাজৌনা খাউদগী লৌথোক্লগা ছুরি য়েংহল্লি ।

“ মানি,মাগী ছুরিনি,খক থাদোক্তবা। কদাইদগী ফংবীরকপনো?”

“ মা শিখ্রে,মমিৎমক্লা উহৌই হায়বা নুপাদুনা শিন্নরকপনি।”

ৱারী শানরিবা অনী অমনা অমবু ঙক্লা শংত্রিক য়েংনৈ। সিফাই পাখং তহা তহা ফুক হৌগৎখি,মরমদি অশাংবা হুইসলগী মখোন্দু অথুবা মরোলনি।পাখং থুজিল্লকই,“ খুড়া,ঐ পন্থবা য়াররোই। খুড়াবুদি থাদোকচরবনি,যূমদা হনবীখ্রো। নচা চৎচরে।”

সিফাইদু লেংবা হৌরবা হৱাগাড়ী অমদা চোংখৎখি। শাজৌ করম্বা

পাউদা থাজগনি, মমিৎনা উহৌই হায়বা পাউ ঙাক্তনি। মচা থোইবা শিখ্রে লৌসিরা,হিংলি খনসিরা। হুন্নেন্দগী মহাক মচাগী শ্রাদ্ধ পাঙথোক্লুনবা হল্লকখিবনি,তুমুদা অনৌবা হরাওবগী ঈনোৎ অমগা লোয়ননা চমন্নহল্লে। শাজৌ যূমদা পাউ তন্নুফম খঙলোইদৌরি। মরম অদুনা মহাক কোংকান থানা য়ৌরগে লেপ্লে।

শাজৌ নুমিৎ নীনি চাক নীংথিনা চারক্তবনা পাঙ্গল ময়েং য়াম্না তাখ্রে। মখূৎতা ভারতকী শেল লুপা কুন্থ্রাদি য়াওরি। মহাক তুমুগী হোটেল অমদা চাক চারগা মোরে ওইওইননা থন্নমদুনা চুমদ্রিং কোন্দোং পাংলকই।

কোংকান থানা মণিপুরগী লমনি হায়বনা মহাক চৎলিবা লম্বী বর্মাদেশকী মনুং চনথ্রবসু থোইনা হঙ্গোয়বা লৈত্রবগুম তৌই,অদুবু সিফাইশিংনা ফারুবগী মরমদি নিংশিংদবা ঙমদে। কোন্দোং ফাওবদি মোরেদগী মী ময়ামগা অপনবা লৈতনা চৎমিন্নরম্মী। কোন্দোং থুংবগা মমাঙ খোঙচৎতা পনখিবা যূম অদুমক্তা চঙদুনা অহিং লেক্লে। নোংঙানবগা মহাক মংসা হাইগৎলকখি। মাইল মঙারোম লাক্লুবা তুংদা মংসারোমদগী লাকপা মীশিংনা ইমিগ্রেসন ওফিসরশিং লম্বীদা লাকহৌই হায়না শাজৌদা তন্নম্মী। পাস য়াওদবনিনা থেংনবগা শোয়দনা ফারগনি,মহাক চেকশিন্দবা য়াদ্রবা মতাংনি। অতোপ্পা থৈফম লম্বীসু খঙদে, ইমিগ্রেসনগী মীশিংদু হেন্দোকখিবা ঙাইদুনা লোৎপা তারে । মরম অদুনা মহাক অশুকপা, অতিয়াগী শরুক উবা ব্রারবা উমং অমদা চঙলম্মী।

য়াঙৌ পাম্বী অমগী মখোঙদা উনা ময়াম খোমজিল্লগা নম্বোদা মোন খাঙদুনা শাজৌ হিপথরুই। মহাক্কী ব্রাখন্দদি লোৎলিবনি,পোথাবা নত্তে। অদুবু চোকথরবা হকচাংদি পোথাবা ঙাইরম্বগুম থোকখ্রে,শাজৌ তূমথখিবা খঙহৌদ্রে।

মীকপ থোরকপদা শাজৌ ইঙাও ঙাওই,করম্না মফম অদুদা তূম্নল্লিবনো হায়বা নিংশিংবদা মতম চঙঙি। নুংশাগী মৈশা হন্থরল্লে। অব্রাংবা উতোনশিংদা নুংশা মঙাল খরা উবদুনা নুমিৎ তাখিবমক্তি নৎত্রি তাক্লুবসু উমংদদি মম্বা হৌরক্লে। মংসা য়ৌবদা য়ামদ্রবদা পূং অহুমদি চঙখিগনি। নুমিদাং অমম্বদা লেপ্তুনা চৎপা নৎত্রগা কোন্দোংলোমদা

হনবা ; মুন্না খল্লগা শাজৌ মাঙলোমদা লাকখি।

মস্বা হৌখিবগা অহিংগী মশক লৌবা থুবা উচূ লময়াইগী জঙ্গলনি। লংফৈ চৎপশিংনা কিনরিবা,মী মাঙগনবা মফম্নি। কৈ,শওম, লমওক অমসুং শামু লমশাগী ময়ূম্নি। শা উচেক্তা ঙাওজবা য়ূরোপ নুপা অমনা উমং অসিগী অকি-অখংগী জীবশিংসি উরগা মফম চাবা য়েংদুনা য়ূম অমা শানবা থৌরাঙ তৌরম্বগী ৱারী শাজৌনা নহা ওইরিঙৈদা তাখি। অদুবু শাজৌদা পূম্নমক্কুগী অকিবা কদাইদা লৈরি। শাহিং-ঙাহিং চাদবা জঙ্গলগী জীবশিংগী মরক্তা লংফৈ চৎপশিংনা খ্বাইদগী কিনবসি লৌদ্রাওবীনি। তশেংনা জীবদুবু উরুবা মীদগী ৱারী তাকুবদি লৈতে, অদুবু জঙ্গলসিদা মরাং কায়না লৈদি হায়নরি। মচাগী ৱাখলনা লূমখিবনা অকিবগী ৱাখল অমত্তা মহাক্কী কোক্তা হাইজিল্লকপা ঙমদ্রে। লম্বীদা লমহূই শঙ্গু শঙ্গু লৈরম্বা,য়োংমুশিংনা উশা নিক্কুনা চোং-ফনবা অমদি অকংবা উশা তেক্কুনা তারকপনা অমুক মুক লেপহনবা নত্তনা শাজৌ অমম্বা লম্বীদা য়াঙনা চৎলম্মী।

চাং হেন্না মমশিল্লকপদগী শাজৌনা অতিয়াদা য়েংখৎলুবদা থৱান্মীচাক অমত্তা উখিদে। লৈচিলনা মায়কৈ পূম্নমক কুপখ্রে। কন্না শিৎলকপা নুংশিৎকী খোঞ্জেল অসুম অসুম মিপাইনিঙাই ওইরকই। থৈফম,খাঙফম কদোমদনো থিরুগদবা। উনা, উশা অমসুং উফুলনা য়ৈরবদা শাজৌ মমিৎ পাঙথোকপা ঙমশিল্লক্রে। উরু উরু লৈদুনা খাঙলুবদগী মায়কৈ ঙাওখিরম্মী। য়াম্না ৱানা খোঙকাপ তরা কুন থাংলগা অচৌবা চীংশু পাম্বী অমগী মখোঙদা মহাক উপ্তুনা খাঙলম্মী।

পূং অমরোম শিংখিবা নুংশিৎ নেমথখিবগা অকনবা নোং হৈথরক্লে। শাজৌগী পাঙ্গল খর লাক্কুনা মায়কৈ লেপ্লগা নোংলক্তা মহাক চৎপা হৌরকখি। মফি-মরোল লূপ্লবা,মশা-মউ লৈখোম তৈরবা শাজৌ মতম কুইনা নোংলক্তা চৎলকপদা ঈংবনা থক থক নিক্লম্মী। য়াম্না ৱানা নোংয়াইগী মতমদা মহাক মংসা থুংলে। কন্না খোংবা হূইগী অকিবা লৈতনা য়ূম অমদা চঙলকখি। থোঙ থিল্লুবদা থোরকপা য়ূম্বুনা মহাকপু অঙাওবনি খন্দুনা থীনা চৈরকই। ইকাইবা খাঙদুনা থক থক নিক্লা মহাক তপ্না চঙশিল্লি।

"ঐ অঙাওবা নত্তে।"

" অহিং নোংলক্তা করি হুরান্নবা থিরুরিবা?"

" ঐ হুরানবসু নৎচদে।"

" নঙনা ফনা হায়দুনসু অসিগুম্বা অহিংদা লম্বী চৎপা মীদি ঙাওদে হায়বা য়ারোই।"

শাজৌ পাউখুম পীদনা তুমিন লৈ,অদুবু য়ূম্বু অদুগী থৌজানগী মিৎয়েংবুদি পুক্লিংদা থাগৎলি,মরমদি মহাকপু মখূৎ পায়দুনা ইমুংদা পুশিনবীরি। য়ূম্বুনা পীবা অকংবা ফি হোংদোক্তুনা শাজৌ অচোৎপা পূন্নমক ইমুংদা তিংবা লীদা য়ান্থোক্লে। য়ূম্বু নুপীনা হৌগৎপা মৈনাক্তা মহাক ফমথরম্মী।

" ইতাওদি করি লমদা চৎপনো?" য়ূম্বু শাজৌগী লৈতাদবা মায়থোংদা য়েংঙি।

" কোংকান থানা য়ৌগে লাকচখিবনি।"

" অদুদি ইন্দিয়াগী লম্নি,নঙবু ইন্দিয়াগী মীরা ?"

" হোয়,ঐ মণিপুরদগীনি।"

" ঙরাং কদাইদগী হৌরকপগে ?"

" কোন্দোংদগী।"

" করিগীনো অসুক থেঙনা থুংলবা ?"

" সিফাইশিং থৈনবা হোৎনরিঙৈদা নুমিৎ তাথোকখ্রে।"

" নঙ নান্থোকহৌবদু লাইবক ফরবনি। ঐখোয়গী খুলসিদগী মী তরা ফাখিবনি, হৌজিক্তি চেকশিন্না চৎলু।"

" হোয় ইতাও।"খুদোংথীবা অমদগী কলহৌরে খন্না শাজৌ ঙাইহাক নোন্থরুই। " কোংকান থানা কয়া লাপ্লিবগে ?"

" হয়েং থুংলুবা ঙম্বসু য়াই, নুমিদাংৱাই ওইনা। মফমদুদা চৎপদি করি থবক্কীনো ?"

" মী থিবা।" শাজৌ চেকশিন্না ঙাঙঙি," মরী-মতা অমা থিরকপনি।"

ৱা খর লোৎলি খঙবা য়ূম্বুনা মখা তাখিদ্রে,কুপথনা হংনবসি কাঙলুপসি কয়াসু হৈনদে।

" চাক খর চারগা নুংঙাইনা তুমখো, ফি কংলগা অয়ুক্তা চৎলু।"

" ইতাওগী লমন চাউনা তোল্লে।"

" অদুম্মা হায়গনু। ঐখোয় তাইবং মীদি অৱাবা কয়া থেংনবনি, মসি কাউনরোইদবনি। লমনগী ৱাফম খন্নফম থোক্তে।"

শাজৌ চাক চাবা তোক্তুনা যূম্নুনা শেম্বা হিপফমদা কাখৎলম্মী।

শাজৌনা হৌগৎলকপদা নুমিৎ য়াম্না ৱাংলম্লে, মফি-মরোল পূম্নমকসু কংলম্লে। মশা নীংথিনা তেকখৎলবদা যূম্নুদা তৌবীমল খঙবা উৎতুনা থাগৎ ৱাহৈ কয়া হায়রম্লগা মহাক খোঙশানবা হৌরকই। নুমিদাংৱাই মতম য়ৌরকপদা গমনোম খোংজাই খুল থেংনবদগী মহাক মফমদুদা পল্লম্মী।

নোংঙানবগা শাজৌ মণিপুরগী লম চীংগী লম্বীদা চৎলম্মী। লম্বী ফজনা হংলকপনা লম্মাংনগনি হায়বগী অকিবদি লৈতে খল্লবসু ৱাবগী চাংদি অরোইবা পনখৈনি; মশা পূম্বা হুমাংনা পূম্লুপ লূপখিবগা লোয়ননা থক থক নিক্লবনি। খোঙ-খূৎ অনীমক য়াম্না লূম্লে। নুমিৎনা নোংচুপ অতিয়াদা লৈখ্রবা মতমদদি মহাক মখোঙ থাংনিংলক্ত্রে, ঈশিং খৌরাংবনসু ঙৌরবনি। অদুবু কোংকান থানা থুংদবা য়াদে হায়বা পান্দমদা মহাক লেপ্লিংদ্রি।

চীংদগী হাইথরকপা লম্বীদু তুরেল মচা অমদা তারুরে। তুরেলগী ঈশিং হৈনিংদনা চেল্লি, মচুসু ইমক মকই। অদুবু খৌরাংবনা খৌরী কংলবদা শাজৌ কূমথদুনা খূজোক খূজোক কন্দুনা পেনবা মখৈ থক্লম্মী।

লৈজবা পাঙ্গল খোমজিন্দুনা লমথুংফম য়ৌনবা শাজৌ কন্তক চৎপা হৌরকই। অদুবু মহাক্কী মমিৎ ইমম মমশিল্লক্তুনা পোৎ খুদিংমক মুশি মুশি উরে, মকোকসু য়াম্না ঙাওখিবনা মখোঙ থাংবা ঙমদ্রে। শাজৌ জ্ঞান মাঙশিল্লকপদগী উয়ূঙ মখোঙ অমদা তপ্না ফমথরগা কন্না লাউরকখি, " ইপাগী থোইবা!"

শাজৌ তুথখ্রে।

শাজৌনা জ্ঞান খর খর তারকপদা মহাক্কী অকোয়বদা শকখঙদবা নুপা নুপী ময়াম অমা উরম্মী। মমিৎ পাঙলবসু ৱা ঙাঙথোকপদি ঙমদ্রবদা মহাক কপ্লম্মী। লেঙবা ঙমদ্রি হায়বসু মহাক খঙলুদ্রিবনি।

লোংনা হিপফমদা য়াতাদুনা, শুপ্নতগী মিংকী ঈঙ্গিংতা লৈরকখিবদু নুমিৎ কয়ানি হৌখ্রবনো,লৈরিবা মফম্না কদাইদনো শাজৌ করিমত্তা খঙবা নত্তে। মচা থোইবাবু থেংনখিগদ্রা,তমুবীবু উবা ফংখিগদ্রা,থাবল্লৈদা মহাক্না মচা থিবদা ৱাজখ্রিবা ময়ামসি তম্নম্বা ঙম্নরোইদ্রা খল্লুরগা মহাক মমিৎতগী মপি শিন্থরম্মী। মনাক্তগী লেঙদনা সেবা তৌরিবা,হীদাক পীজরিবা মীশিংদুনা মহাকপু মথ্বায় ৱাদনবা কন্না থেল্লম্মী।

নোংমদি শাজৌ হৌগৎতুনা ফম্বা ঙল্লে। মথংগী নুমিৎ খরনিগী তুংদা ৱাসু ভাংলকই। ময়াম্না চেকশিন্না য়েংশিনবীবদগী মহাক থা অমগী তুংদা চৎপা ঙম্বতা নত্তনা ৱারী শানবা য়ারে। মহাক্না লৈরম্লিবা য়ূমদু কোংকান থানা হায়বা খুন্দুগী অহল অমগীদা ওইরম্লে। মহাক্না নারুবগী মরম খুল অহুম পূন্দুনা য়াই থাখ্রবা তুরেলগী ঈশিং থক্লুবদগীনি হায়বসু মাইবনা তাক্লম্মী। লাইবক ফবদগী মহাক হিংলক্লবনি। উয়ুং মখোঙদা অশিবগুম তাদুনা লৈরম্বা মহাকপু ইরোই শেনবশিংনা থেংনবদগী পুরকখিবনি।

শাজৌ থোইবাগী মরী-মখোং কুপ্না থিবা হৌরকই। খঙঙি,উই হায়বা কনাসু য়াওরমদে। হকচাংগী অনাবা ফরবসু নীংবা কায়বগী চৈনা অমা থম্মোয়নুংদা পুরে। মহাক লাইকন্নবীখিবা অহলনা মহাক্কী ফুরিৎ খাউদা য়াওরম্বা লুপা কুনমঙা থমজিনবীরম্লি। পৈশাদু মহাক্না লৌজররোই হায়বা য়াখিদে। খুল অদুগী মীনুংশিবু মহাক করম্না কাউগনি।

নোংমা মোরে য়ৌগদবা খুলদুগী নুপা অহুমগা লোয়ননা শাজৌ ময়ূম পাংলকখি। লালফমদা মায়থীরক্লবা সেনাপতিনা কনাবুসু উননিংদবগুম মহাক মী খুদিংমক্তগী নাইতোম তানিংনা হল্লক্লম্মী।

# ১৪

শাজৌনা হুন্লেন চৎখিবা মথং নুমিৎতগী থাবল্লে মচা নুপী তমুবীগী যূমদা লৈরকখি। তমুবী হকচাং ঙমদবনা মমাবু মনাক্তা লৈহন্নিংবা মতম্নি। মচা নুপীগী সেবাদা লূপখিবদগী থাবল্লে নুংগী মৈশা খজিক্তং নেমথরি। মপানা মচাগীদমক লৌখ্রিবা থৌদাং অমদি পুরক্কদবা পাউ খল্লুরগা থাবল্লে অতৈ ব্রাফমদা থোইনা পুক্লিং চঙদবা মতমসু ওইরি। লংফৈ চৎলমদাইদা শাজৌনা শিন্নরম্বা ব্রাফম অমত্তসু নিংথেম্মা মনেম্বোক্তা ইনিং নিংশিংলকখিদ্রে,খন্ন-তানবগী তাঞ্জাসু ইপী পীদে।

ক্ষেতিপুরন শেলফমদগী মকুবোক্লা লংফৈ চৎলমদাইদা লূপা য়াঙ্খ্রে পীখিবদগী হেন্না নিংথেম্মা ঙসি ফাওবদা মনেম্বোক্তা শেল অমত্তসু শিন্নদ্রি। নিংথেমগী যূমদা নুতিগী লৈকাই-খুলগী মচীন তোঙবা মী য়াম্না তিল্লে। মখোয়শিংদুগী মূরক্তা কংগ্রেস টুপী উপ্লা অহল খরসু য়াওরকই। নিংথেম ভোট লেপকদৌরি হায়বা নিংফুং নিংফুং ঙাঙনরে। মচা-নুপী তমুবীগা ব্রাফমদুগী মরমদা খর হায়নবদগী হেন্না থাবল্লেনা ময়া নুপাদদি খক হংলুদ্রি। নিংথেম নোংঙানবগা থোকখি,অহিং অথেঙবদা হঞ্জিল্লকই, তমুবীগা ব্রারী-ব্রাতায় শানবগী মতম্বু লৈরমগদবা মান্দে।

অহিং অমদি থাবল্লে ময়াগা মচাগা ব্রা ঙাঙনবা তায়,মদু তমুবীনা হৌদোকখিবনি।

" ভোট লেপকনি ঙাঙনরিবসিবু চুন্নিব্রা?"

" হায়নরবনিনা লেপ্লা তারেদনা,ময়াম্না কন্না ইনশিল্লক্লিবা।"

" ঐখোয়দা করি য়েংদুনা হায়রিবা? ইনাক খুনবা, খূৎকন-পাঙ্গনবা অহে-অশিং কয়া কয়া লৈরি, মখোয়দা হায়দ্রগা?"

" ভোট লেপকদবা মীগী থোইদোক হেন্দোকপা গুণ খর লৈবা তাই।"

মশাবু থাগৎচদুনা মীয়াম্মা য়াম্না য়ারবগুম ঙাঙথোরকপদা তমুবী কয়া হৈনদে।

" ভোট লেপ্লসি শেল য়াম্না চঙঙি হায়নৈ।"

" পঙদুনা তৌনরিবনি। মদু মীয়াম্মা পাম্নদবা মীশিংগী ব্রানি।"

" ময়াম্না নুংশিবীরবদি লম্বা য়াওদনা থাগৎপীবদি ময়াদব্রা?"

" লৈবাক পানবনিনা অয়েৎপা খরদি অদুস্মক লৈরিবা।"

" অদুদি শেল তিংদনা হেক্তা কাবা য়ারগদ্রা?"

" খরদি তিংবা তারেদনা।"

" কদাইদগী শেলনো?"

" ঐনা থৌরাঙ তৌরে।"

" ইমাখোয়গী শেলদি শোকপা য়ারোইকো।"

" করি হায়বা?" নিংথেম শাওগৎলকই। " অমা হায়রে ইমা-ইপাগী অমা হায়রে ইপামগী, হন্দক মখোয়গী শেল খর থম্বীরুবসিদা নঙ ফনা য়াম্না ব্রাংখৎলক্লি। ঐবু নখোয় নপামগী থুম ঙান্থক অমা তোনখিবা লৈরব্রা? মাঙখিগদ্রা হায়দুনা থম্বীবগী ব্রানি, হয়েংমক পীথোকখিবসু য়ারে। অসুক চাউবা, লৈবাক্কী থৌদাং য়ানবা লাঙলিবা ঐগী থৌনাসি থুদেক্কদবগী হেক্তা হোৎনরকপা। অসিননি নুপী থিবদা পারী-পুরী, পুকচেল চাউবা শাগে মুন্না য়েংঙু হায়নবদু। ঐনা করিসু থৌওইখিদবগী মহৈ ফংলরে।"

তমুবী মপাম পক্লা ঙাঙলকপদা খাঙবা ঙমদনা শাওনিংঙি, অদুবু মমা তাখিনি কিবনা মখা তারকখিদ্রে।

নিংথেম মশাগী থবক্লা য়াম্না লুনা খনখিবদগী তমুবীদা করি চারি, করি থক্লি হায়বা হংলক্কবা কুইরে। পেন্দবা কয়া লৈরবসু থাবল্লে মচানুপীবু কন্না থেমজিল্লি।

নোংমা য়ূমজাও ময়ূমগী মী লাক্কুনা থাবল্লেগা উনরৈ, য়ূম-য়ূম্ফম

থুনা হন্দোক্লরো হায়রবনি। থাবল্লৈ নিংথেম হঞ্জিল্লকপা য়াম্না ৱানা ঙাইরম্মী,অদুবু ময়া নুপানা ৱাফমদু ইয়াং য়াংহনখি।

"ইনেম্বোক,মখোয় মহাজনশিংসি মরৌ লৈ। মমাঙলৈন-য়োন্নবদা তৌনখিবা দলিল সহি মশক খঙনা ফজনা শেগাইনহৌসি। ইকুবোক্কী অশেংবা সহি ওইরমদ্রবদি তুংদা অকায়বা ৱা লাক্কনি,মদু তরাই তরাই লৌবা য়াদে। ইকুবোক হল্লক্লগা থবক পূম্নমক চৎথসি।"

ময়াগী ৱাফম খেৎপা ঙমদ্রবসু মপাঙ্গলনা য়াম্না ৱানা শাজখিবা যূম অদুদা অমুক হঞ্জিন্নিংবনা থাবল্লৈ মখা তাই," অনৌবা দলিল অমা ইনবদি করি কায়বগে?"

" ইকুবোক য়াওদনা থবক চৎথবা ফরোই। " শম্না খুম্লম্লগা নিংথেম মপান থোকখিদুনা ভোটকী ৱা তানবা লাকপশিংগা ফম্মিন্নখ্রে।

অফবা লৌফম কয়া য়োল্লি হায়বা থাবল্লৈদা তৎতনা পাউ পীনরে। মহাক ময়াগী মওংদা হৌদোক্লগদবদু হৈনিংদবনা তুমিন লৈরে। তশেংনা মহাক ইমুংসিদা তঙাইফদবগী লৈরবনি,মঙাই নুপীগসু চুশিন্নবা ইয়া য়াদবনা চীংয়াগী যূমদা হনখ্রসিরা হায়না তোয়না খল্লি।

নোংমা নুমিদাংৱাই অমা পল্লেলদগী নুপা অমনা থাবল্লৈবু থিরকই। মায়থোং মক্লা লাকপা নুপাদু মহাকপু উবদা ঙাঙথোকপা ঙমদে। মহাক নুং-পান ফাওনা নিকখি,নুপাদুগী চীন্দা মুন্না য়েংলম্মী।

" ইতৈমা,তাধন্দু হুম্লেন্দগী হল্লকপা লম্বীদা বর্মা সিফাইশিংনা ফাখ্রে হায়বা পাউ পীরকই।"

" করি হায়বা !" থাবল্লৈ মরোল ফাই, " করিনো পাউসিবু !"

থাবল্লৈ ঈংথরকপা ঙাইরকপা নুপাদুনা তপ্না মখা তমথৈ, " ইতৈমা,তাধন্দু পাস য়াওদনা চৎলম্বগীদমক বর্মা সিফাইশিংনা ফারগা তুমুরোমদা পুখ্রে।জেল চঙলমগদবা মাল্লি,মরী-মখোঙ লীদুনা থিদোকপীহৌ,বর্মাগী জেল মথোং চাদে হায়না পাউ চেল্লকপনি।

" হে কৃষ্ণ ইবুংঙো !" থাবল্লৈ লাইবক্তা খূবাক্লা অমুক্তং য়ৈরগা দারি মপান্দা ফমথখি। অৱাবনা লাকহৎখিদুনা করিমত্তা ঙাঙখিদ্রবী নুপীদুদা চৎনবা তাক্লম্লগা পল্লেল নুপা হনখ্রে।

নিংথেম হঞ্জিল্লকপদা তমুবী য়াওনা থাবল্লৈনা ৱা তানৈ। অৱাবা

পাউদা থব্রায় শোক্লা কপ্লিবী মচানুপীবু থেমজিন্নবা হোৎনৈ,অদুবু মশাদি মীকুপ অমা ফম্বা ঙমদে। ইম্ফাল চৎলগা অচৌ-অশাং খর উনরগা খন্নগে হায়বা ময়াগী ৱাফম্নু পেন্দবা লৈ,অদুবু মশাগী থৌনা লৌশিংনা থবক পাঙথোক্লুবদি ঙমদবনা য়াম্না থুনা চৎনবা তকশিনবা নত্তনা উপায় অতৈ লৈতে।

নিংথেম্না হঞ্জিল্লকপা খুদিংদা থাবল্লৈনা পাউ হংঙি। ‘ হোৎনরি ’ ‘হংনরি’ হায়বা পাউখুমদগী খক হেন্দে। ময়াদগী পাউ ঙাইবা নত্তনা হায়রু-হংলুফম খণ্ডদ্রবদা মহাক মকোক খোৎতুনা খাঙলম্মী।

ভোটকী থবক হেন্না হেন্না কনশিল্লক্লবদা থাবল্লে নিংথেমগা ৱারী শানবগী মতম ইরে লৈতে। মচি-ময়াদা মহাক্কী কর্মীশিংগা ৱা তানবা, উপু তোয়না হাংবা,শেল লোন্না পীবা নিংথেমগী থবক পূম্নমক তমুবীনা উই,অদুবু মঙোন্দদি শিকি অমা ফাওবা শিন্নখিদে।

থা অমগী চরাংনবা লোইশিনখ্রে,ভোটকী ফল হায়দোরকপদা নিংথেম্না কারে। কর্মীশিংনা লৈ পরেং হুক্লগা মহাকপু ময়ূমদা পুরকখি। শুমাঙ মাঙ্গোল মীনা চনখিদে,হরাওবগী খোল্লাওনা পূম্লিল নিল্লি। থাবল্লে ময়াগী মায় পাকপদা নুংঙাইবা য়াওই। তমুবী মপী শিন্থনা মীয়াম্বু নোল্লুক্লা খুরুমজরম্মী।

মথং নোংঙানবগা ইম্ফাল চৎখিবা নিংথেম ময়ূম হল্লকখিদবা নুমিৎ তরানি শুরে। লৌ লৈন-য়োন্নবগী মতম হৌখ্রবনি। কুমগী নোং ঙনখিবনা লৌহোন,পাম্ফেলগী ফৌদি তানখ্রে। তমুবী মশা কল্লক্লবদা ইমুং মনুংগী কুপ্লোমদা মথৌ চিনবা হৌরে। মচা নিঙোলগীদা কুইমন্না লৈরকপনা থাবল্লে করিগুম্বদা ইকাইবসু ফাওই, লেমজাদা লৈরে হায়নখিগদ্রা খল্লুবদা চীংয়াগী ময়ূমদা হন্নিংবনা পোত্থাফম খণ্ডদ্রবনি।

নোংমা অয়ুক অমা থাবল্লে কুইনা হুন্দোক্লবা ময়ূম অমুক্তং য়েংশিল্লুগে খন্দুনা চৎনবা থৌরাং তৌরিঙৈদা পাখং অমা তহা তহা চঙলকই।

“ ইনে,ঙরাং অহিং অথেংবদা মামা থুংলরে।”

“ হা ! নখোয় মামা থুংলরে হায়বা ! ” থাবল্লেগী হরাওবা চিংনবগী লৈচিলনা খণ্ডহৌদনা কুপখ্রে। “ মথন্তা থুংলব্রা ইবুংঙো ?”

" হোয় ইনে,মামখক্তনি।"

" অতৈ মখা পাউদি ?" থাবল্লে পাউখুম ঙাইবদা নিল্লি।

" ঐ তাজরক্রে। অদুবু মামা য়ৌরকপগা কন্না কপ্লে।"

" খঙলে ! থোইবা য়াওরক্রে ! ফৈ,মমা-মপাবু নুংশিবা হৈতবা অঙাং নঙ !" মচীন্দগী করি ৱাহৈ থোকখি হায়বা খঙদ্রবী থাবল্লেনা লেপ্তুনা য়েংলিবা পাখংদা হায়," ইনে লাক্লগে।"

পাউ পীরম্বা পাখং হনখিবগা থাবল্লে অঙাওবীগুম লাকখি,তুংদা তমুবীসু পিল্লিবা মচা পোশিন্দুনা তান্নরকই।

য়ূম য়ৌরকপগা থাবল্লে শাজৌগী মখোঙ কোন্দুনা ওন-থোইনা কপ্লে। মহাক জ্ঞান তাদনা লাউ-খোংলি। মরুপ-মপাং,মরী-মতাশিংনা পাউ তাগদবগী মাঙ্গোন্দা ঙাইনরি। ময়াম্না কন্না থেমজিনবদগী মখোয় অনী খর ঈংথরক্লে। শাজৌ মপান থোরক্তুনা পাউ তল্লে।

" মোরে নুপাগী পাউদা পেনবা ঙমদবনা ঐ অশেংবা ৱাফম খঙদোক্লবা হুপ্লেন য়ৌরুরে । লৈখিদবগী থৌদোক মমিংমক্লা উহৌই হায়বা নুপাদু উনরক্লে,মৈতৈনি,মমিং তম্ফা কৌই।

" নহারা,অহল্লা ?" মরুপ অমনা হংলকই।

" মীয়ায় হায়বদুনি,ঐখোয়গীদি খানি।"

হুপ্লেন্দা তম্ফানা হায়রকপা,লীরকপা ৱারী অমত্তা চিংথদনা শাজৌনা ময়ামদা তম্লম্মী। ৱারী লোইবগা থোইবানা পায়রম্বা ছুরি পুথোক্তুনা শাজৌনা ময়ামদা উৎলকপদা থোইবাগী চান্নবা মরুপ খরনা লাউরকই," চুম্মি, থোইবাগী ছুরিনি,থোমাসনা পীরম্বনি।"

ছুরি উবদা থাবল্লে ৱান্থখ্রে। ময়াম্না লায়কন্নবদগী ফরক্লবসু মহাক থরো থরো ওন্দুনা কপ্লম্মী। মহাকপু ফাথনবা হোৎনদুনা শাজৌনা হায়, " থাবল্লে,ঙাইখো,ৱা অমসু লৈরি। মসিনা মরম ওইদুনা ঐগী খোঙচৎ শাংথখিবনি।"

" নঙ বর্মা জেল চঙখ্রে হায়নবনি,মদুনা কদোমদগীনো,চুমদবা ৱাহনবা পাউদু ?" অহল অমনা মরক থৎলি।

" পাউদু অরানবদি নত্তে,লাইবক ফবদগী ঐ নাম্থোরকপগী ৱানি ।" শাজৌ থৈথরকখি," থোইবাগী মরমদা ৱা অমা লৈরি।"

“ করিনো খাক্কুনা থম্বীরিবনা ?” থাবল্লে থম্মোয় কায়না লাউই।

“ থোইবা হিংলি হায়রি।”

ময়াম ইঙক ঙক্লে,থাবল্লেদি মঙগুম তায়।

শাজৌ ব্রারী চৎথৈ,“ তম্ফা হায়বা ইনাওদুনা ঐবু মোরে ফাওবা থিন্দোকপীনবা লোয়নরকখি। ঐখোয় অনী তাংবো খুল ফাওদুনা লাকপদা বর্মা সিফাইশিংনা লম্বীদগী ঐবু ফারে,আইন কায়না বর্মা চঙলুবগীনি। তম্ফানা মখোয়দা ফনা কন্না হায়জে, ঐবু থাদোকখিদে, তুমু তম্না পুদুনা চৎলম্মী। ঐ জেল চঙবা শোয়দ্রে খল্লবনি। তুমু য়ৌরকপদা কলেব্রারোমদগী থোরকপা সিফাই কাঙবু অমগা থেংনৈ। মখোয়গী মরক্তা মৈতৈ পাখং অমা য়াওরম্মী,মানা ঐবু থাদোকপীরম্বনি। মহাক্কী পাউনি থোইবা হিংলি হায়বসি। মাগা থোইবাগা কোংকান থানাদা ফম্মিন্নদুনা ব্রারী শানরম্মী হায়বসিনা শাক্কি পীরে। মখোয় অনী উনখিবসি থোইবা লৈখিদ্রে হায়না পাউ পীরকপা মতমদুগী তুংদনি, মহাক্কী ব্রারীদুদা ঐ য়াম্না ঙকখি.অদুবু অশেংবা ব্রাফম অমদি খঙদোক্লগে খনবদগী কোংকান থানা হায়বা খুলদুদা চৎলুই। মফমদুদা ঐ মঙগুম্বা থৌদোক অমসু নংলুরে। অঙকপদি খুল অদুগী মী অমত্তনা থোইবাবু খঙঙি নৎত্রগা উই হায়রকখিদ্রে। মরম অদুনা মাগী ব্রাদু য়ুম্ফম য়াওদবগুম থাজবা ঙমদনা হল্লক্লবনি।”

“ মফম খঙদনা হেক্তা হায়জিনফম থোক্তে,অদুগা কান্নবসু লৈতে খল্লবসু সিফাই পাখং অদুগী ব্রাফমসি থাজনিঙাই ওইদে।” অহল অমনা হায়রকই।

থাজবা য়াই য়াদে,থোইবা হিংলমখিনি হিংলম্লরোইদা মতম কুইনা ময়ামদু য়েৎনৈ,খন্নে। মাগী মাগী লৌশিংনা লাম্বা ফংবা মখৈ পুথোক্লে, অদুবু মমৈথংদদি থোইবাগী শ্রাদ্ধ শোন্দোকপনা ফরে হায়নরকই। শ্রাদ্ধ শোনখ্রবা মতুংদা মহাক হিংলম্বা থোক্কুনা হল্লক্লবসু অকায়বা লৈতে। লৈখিদ্রবা মী অমগী মথৌ-মঙম পাঙথোক্তনা থম্বা হায়বসি ধর্মগী মিৎয়েংদা পাম্নদবগী ব্রাখল কন্না ফোংদোক্লরক্লে। মমা-মপা অনী মচাগী শ্রাদ্ধ শোন্নবা তানবা হৌরে।

অহল-লমনশিং অমদি বামোনগী পাউতাক মতুং ইন্দুনা শাজৌনা য়ুমদা থুংলবা নুমিৎতগী পারগা তরামরিনি শুবদা শ্রাদ্ধ শোনবা তারে।

ময়াম খন্নরিঙৈ চৈরক্তুদা নুপা অমা চঙলক্তুনা পাউ তল্লে," নিংথেম মন্ত্রী ওইরে, মহাকপু ওক্লবা সড়ক্তা লফু য়ুংদুনা মীয়াম ঙাইনহৌই।"

ঙসাই মথৈ শাজৌদা মমাক নিংথেম মেম্বর কাপ্লে হায়বা কনানসু তমখিবা লৈত্রিবনা মহাক ইঙক ঙক্লা য়েংঙি। মহাক্কী খঙনিংবগী মওংদু উদুনা অহল অমনা তাক্লকখি," শাজৌ ইবুংঙো, নহাক নাকল অমদা শোয়রবসু অমরোমদদি চৈগারি। নমাক নুপা নিংথেম অচংবা নুপানি। শেলবু ওন্থোক্লা য়াম্না পায়বমখ্রেদা। শেলনা তৌবা ঙমদবা লৈতেকো, সত্য। মহাক্কী দলনগা খর কঞ্জবগা নমদা ভোট কাদুনা মেম্বর ওইখ্রবনি। হৌজিক অনৌবা পাউদা, মহাক শক্লাইবা মন্ত্রী ওইরে। ঐখোয়মক্লসু অসুক য়াম্না হরাওরিবসিনদি ইমুং ওইবশিংনদি কয়াগী মতিক নুংঙাইরমগনি।"

অহলগী ব্রা লোইফাৎত্রিঙৈদা থোঙ্গান্দা জীপ অমা থারে। পাখং অমা চঙলক্তুনা তমুবীবু লৌবা লাকপনি হায়রে। তমুবী ইপা পাখৎলি, অদুবু হরাওবা মপান থোকহন্দা ময়ূমদা হনখি।

নুমিদাংব্রাইদা নিংথেম গাড়ী অহুমদা অচৌ-অশাং খরগা লোয়ননা মকুবোক উনবা লাকখি। লৈখিদ্রবা মবাইগী বুদ্ধি লৌশিং অমদি মীনুংশি চাউবা পুকচেল শীংথাদুনা কপ্লম্মী। ফুরিৎখাউদগী লূপা চামা লৌথোক্লগা মকুবোক্কী মাঙদা থমদুনা হায়," খুদক্কী অচিনবা চৎননবা শেলসি লৌশিনবীয়ু। ঐ ঙসিদি কুইনা লৈথোকপা য়ারোইদৌরি। পার্টিগী অরুবা ব্রাফম অমা খন্ননবা কৌররে। ঐ হয়েং অয়ুক ঙন্তা য়ৌরক্লবা হোৎনজগে, অকুপ্পা মরোল পূম্নমক কোন্না তাজরগে, অতৈসু তপতক তানরসি।"

নিংথেমগী তহা তহাবা মতৌদা শাজৌ তুমিন লৈনিংদে, হায়রকই, " নিংথেম, নঙগী অচৌবা মায় পাকপগী পাউ তারে। ফজনা হোৎনৌ, লৈবাক পুবা অরায়বা থবক নত্তে। ঙাইখো, বেকসিদা ননেম্বোক্কদি করি করি পাঙথোকখ্রে?"

" ইকুবোক হল্লকপা ঙাইজরল্লিবনি।" নিংথেম ইক-আক লৈরোই লৈফাই চল্লি," হয়েং ঐনা হল্লক্লগা খন্নবনা ফরগনি। ব্রাফম পূম্নমক শেংদোকচগে, ঙসিগীদি .....।"

" ফরে ফরে, চৎখ্রবশিংগীসু হোৎনবা তাই, লৈহৌরিবা ঐখোয়গীসু খন্দবা চুমদে।" শাজৌ হায়নিংবা কয়া থিংলগা মমাক নুপা চৎখিবা

য়েংহৌই।

মথং নুমিৎতা লাক্কদ্রা খল্লুবা নিংথেম অষ্টি লৌখৎপা নুমিৎ ফাওবা য়ৌরকখিদ্রে। মমা-মপাগী নুংঙাইতবা উবদা তমুবী শেম শাদুনা তম্বা তাখি।

" বাজী,মখোয় বাবাদু অরুবা থবক অমগীদমক ঙরাং দিল্লী চৎখ্রে। অষ্টি য়াওনবদি কন্না হোৎনরম্বনি,ঙমখিদ্রে। ঐঙোন্দা বাজীখোয় শাওবীদনবা কন্না হায়জরম্মী,শ্রাদ্ধদি নংনবা শোয়দনা লাক্কনি।"

" নংলরবসু ফরে,নংলদ্রগসু থোইদোকহৌদ্রে।"থাবল্লেগী অশাওবা মপান থোরকই।

" ইমুংগী ৱা অরায়বনি,লৈবাক্কী থবক অরুবনি খনবা মীবু থাগৎতবা য়াব্রা? থাবল্লে,নয়া নুপা লৈবাক পুবা মন্ত্রীনি কাউরুরব্রা? মখোয়গুম্বা পুকচেল চাউবা মন্ত্রীশিংনা সাসন তৌবা প্রজানবু নুংঙাইত্রবদি কনানো য়াইফগদবা।"

" ঙাইখো, কর্ম য়াওগে য়াওরোই মশরুক্লি,ঐখোয়না থমখিবা শেলগী মরোল নমশিল্লগা তুমিন লৈথোকখিবসি ঐ নুংঙাইত্রে।"

" হৌজিকপু মখূৎতা শেল লৈরমখিগনি খল্লিব্রা? " শাজৌ পেল্লপ হায়," কৈ ময়াদা শদুম লংশিনখ্রবনি। মানা ভোটতা শিজিন্নখ্রিবা শেল ময়ামদু কদাইদগীনো? শেংনা শেংনা হায়নবদি ফবনি। ঐখোয়না চানি-থক্লি খঙদনা খৌরাংনা ঙাইজরকখিবা ক্ষেতিপুরন লূপা চামা য়াঙ্খ্রেনা শক্লগদৌরি। হুন্নেন চৎলমদাইদা লূপা য়াঙ্খ্রে,শ্রাদ্ধগীদমক লূপা চামা।"

" ফৈ ফৈ,নঙসু নুপানা হায়রিদো হায়বসিদা অদুম পঙশিন্নরে। " থাবল্লে মপি শিন্থে," ইচা নুপানসু হুন্দোকপীরম্লবা,শোয়দ্রে,শুবা-চৎপা ঙম্লক্ত্রবা মতমদা নোংমদি ঐখোয়সি উচেক-ৱায়া ক্লাক্লা শেৎতুনা চাখিবা।"

তমুবী মমাগী ৱাফমদা য়াম্না ইকাইখ্রে। চৎলগে তাক্লম্বা নত্তনা ময়ূম হনখিবদা মমাদা মখা ৱা অমত্তা হায়রমদ্রে।

" শ্রাদ্ধদা নিংথেম য়ৌরকখিদে,দিল্লীদগী হল্লক্করোই হায়না ট্রঙ্ককোল লাকখ্রবনি। মন্ত্রী মবাইগী শ্রাদ্ধ চাউনা শোনফম থোকই মীয়াম্না খন্নখিবদু ওন্নখ্রে। শাজৌ মনিং য়াম্না থুংদনা কর্ম লোইশিনখিবনি। তমুবী থম্মোয়দা

কিশি পুন্দুনা নিংথেম হল্লকপা ঙাইরম্মী। চীংয়াগী য়ূমদা মমা-মপানা অৱা-মৈশা লাংনা লেল্লিবা পুন্সি অদু খল্লুরগা মহাক ঈংথনা লৈবা ঙমদে, অদুবু ঈহং-পাউহংবদি নোংমতসু চৎলুবা ঙম্বগী থৌনা মঙোন্দা লৈত্রে। শেলগী কাদা মপা-মচা লাপথোক্লুহল্লি।

নিংথেম ইম্ফালদা হল্লক্কুনা লৈরে তাবদা শাজৌ উনবা চৎলম্মী। মন্ত্রীগী বঙ্গলো সিফাইশিংনা ঙাক্লম্মী,গেট হাংলমদে। গেট ময়াদা ফনা কুইনা লেপ্লবা তুংদা মহাকপু মনুংদা চঙহল্লে। মন্ত্রী ওফিস চৎকদবগী কার কাখৎলম্বা তাঞ্জামক্লি। তঙাইফদবা অচিনবমক লৈত্রবদি মহাক্লা য়ূমদা লাকপদা উনরসি হায়রম্লগা নিংথেম গাড়ী থৌদুনা চৎখ্রে। শাজৌ য়াম্না শাওনা ময়ূমদা হল্লকখি। পাউ অসি খূদক্তা তমুবীগী নাকোং য়ৌখি।

মথংগী অয়ুক্তা তমুবী মন্ত্রীগী বঙ্গলো তম্না হাইগৎলকই মহাক্কী খোঙথাংদা অশাওবা লোয়নরকই হায়বা নিংথেম্না উখ্রে। তমুবী ইমুংদা চঙলকপগা হৌরৈ,“ অহলশিংদা অসুক চাউনা নমথাক তৌবসি ফরোইকো। ”

“ করিবুনো তমুবী ?” নিংথেম নোকহায়নৈ,“ মমা মপাগী লন্দি মচাশিংগীনি হায়নবদাইনে?”

“ শেংনা লৌবা ওইরবদি ফবা।”

“ ঐনা কনাদগী হুরাল্লুরবগে?”

“ হুরাল্লুবা, মুল্লুবদি নত্তে হায়ববু খূৎলৌদু লংখোঙ শেংদে। য়ূম্ফম হন্দোকপা,লৌ লৈবগী থবক্তু পাঙথোকপীখিবা য়ারেনা,অসুক কুইনা অঙাং মচাদা লৌরংনবগুম ঙসি ঙসি হয়েং হয়েং। অহলশিংগী মখূৎতা শেল অমত্তসু লৈত্রে,শ্রাদ্ধদা খর অমুক পুৎথহৌরে,শেন্দোলগী পোৎলূম পুবা ঙমদ্রবনি। শেন্দোল থৌরবগী মৈশানা তূম্ফম-চাফম খঙদ্রে,য়েংহৈদ্রবা মতৌনি। ইমা-ইপানি হায়দুনসু মখোয়গী মাঙদা মায় উৎপা ঙমজদ্রবনি। হৌজিক করি তৌবীখিগে হায়রিবনো?”

“ নংগীসি জবর হায়বদুরা? ঐ কনানো,মন্ত্রী হায়বসি লৈবাক্কী নিংথৌনি হায়বা নঙদি খঙলোই। মপুরোইবনা লৈবাক্কী মপী-মপা ওইরে হায়বগী নোংমতসু হরাওবা উৎপা হৈতবী নঙনা মন্ত্রী করিনো খঙবা হৌনদে। মন্ত্রী অমগী লোয়নবী ওইবদা মতিক চাই চাদে হায়বা নথন্তা

মুন্না অমুক্তং খল্লু।”

“ হোয়নে,হোয়নে,লব্রাই নুপীনা কদাইদগী মতিক চাবী ওইরুনি।” তমুবী মতিঙ ফুদোকরকই,“ অদুবু অপঙবী ঐগী ইমা-ইপাগী মপান্দগী মন্ত্রী ওইবা ঙন্বীখিবনি হায়বা কাউবীদবা ফে।”

“ কয়াদা পঙজখ্রবনো তমুবী নঙসি।” নিংথেম করেম্নবগুম নোকই,“ ইমা ইপাগী মরলবু মচা ঐখোয়না শিজিন্নদ্রবদি কনাদা অমুক পীথোক্লুগদৌরি?”

“ হোয়,মখোয়না লেম-পানা লৈবা মীশক ওইরম্লবদি ফগদবা, শেন্দোলনা খ্বাং কোয়রবা অহলশিংদুগীদমক খরদি খনবীফম থোকপনিদা। যূম যূম্ফম য়োম্থোক্কুনা চীংয়াদা তরক তরক খাঙজরবা .....।” তমুবী মপি তৈথোকই।

“ তমুবী নঙসিদি ওন্থোকপনিদা,” নিংথেমগী খোনফম ওল্লি, “ হে হে,ঐখোয়না হিংলিবসি অহল-লমনশিংগী সেবা তৌনবা নৎত্রনে? ইম্ফাল সহরসিদা যূম্ফম অফবা অমা লৈরগা ফজবা যূম অমা শাদোকসি, মদুদা লৈহনসি কৈদৌবগে। করি চীংখোং চীংয়াদা লৈজরুনি। পুন্সিদা অহলশিংসি শূবা য়াবা শূরকখ্রে, নোম্লক্লে,অৱা-মৈশা খাঙলক্লে। হৌজিকপু লৌউবগী থবক অমুক তৌহনখিসিরো? লৌফম অফবা খর য়েংঙু হায়য়ু, লৌশাল য়াম্না ফংগদবা। লৌ পরী অনীগী লৌশাল চাবসু ঙম্লোইদবদা।”

তমুবী হেঞ্জিল্লুবা ৱাফমদগী খজিক্তং হন্দোক্লবগুম নিংথেমদা মুন্না য়েংঙি।

“ পুক্লিংগী ৱাদু কনানা খঙবীগনি ?”

“ অঙাংসিনা চাউবক্লগা লাইরিক তম্বদা লৈফম ওইনবা কলিকাতা নৎত্রগা দিল্লীদা ঐখোয়গী যূম লৈহৌদবা য়াদবনি। ঐনা হন্দক থোরকপদা গৌহাটীদা যূম অমা য়েংলম্মী। নঙবুসু অমুক্তং য়েংহনখিগে খন্দুনা ৱা লোইথোক্লুরমদ্রি। ঐগী থৌরাঙসি নঙসু খঙবদি ফবনি,করিসু লৈতবা ৱাগীদমক ইশা শাগৎকনু।”

“ অৱাংবা থাক্কী ৱাখন্দু অহল অনীনা লাম্বদা ৱাগনি। ঐগী ৱাদি মখোয়না পাম্বদুতং পাঙথোকপীখিনবা হোৎনবীয়ু অসিনি।”

" অদুসু ফৈ, অদুবু খাঙবা খরদি কন্নসি। হায়বদি, হৌজিকমক্তি ঐগী খূৎতা শেল অমত্তসু লৈত্রি, ঠিকাদারশিংনা পূথোকখ্রে, য়াম্না থুনা শিংলক্কনি হায়রম্বনি। ৱানোম থৌনোম লাকপশিংদগী শেলফমদু শাগৎপদা মতম খর চঙখিগনি। করিনো নঙসি খঙমনখিদ্রেদা, মন্ত্রী ওইনবা হোৎনবা হায়বসিদা চঙখিবা পোৎচঙসি য়ামখ্রে, মরুপ-মপাংশিংগী মতেং হান্না শিংদোক্তবা য়ারিব্রদো। ঐবু মন্ত্রী ওইবা কয়া কুইরবগে, গৃ গৃ হেক্তা তকপা। সে, লূপা চামসি পুখো, অসিনা অচিনবা চৎনখো হায়য়ু।"

তমুবী শেল লৌশিন্দে, " ঐ মদু পীরুবা ঙম্লোই।"

" অসি পীরুদ্রবদি চরা হেলহনগে হায়রিব্রো ? সে পায়শিল্লো।" তমুবীগী মতৌ য়েংলগা নিংথেম নোকফেৎ তৌই, " নত্তে, ঙসি অসিদা লৈখ্রগে হায়রিব্রা? চারি-থক্লিবা, শীল্লি-লাঙলিবা ময়ামসি নঙনা খব য়েংশিল্লমগদবা লৈবনি, হনখ্রগনু।"

তমুবী খুমদে। য়ূমগী ৱাখল তৌরি খঙবদগী নিংথেম্না হায়, " অহলশিংসু নোংমদি হোৎনজবা য়াই। এঞ্জাং অহাওবা অমত্তং থোংনবা লাঙলুরো।"

মী উনফম কারোমদা নিংথেম চৎখ্রবদা তমুবী হৈনিংদনা চাকশঙদা চঙলকই। কদোমদগী লিৎশিল্লকখিবনো খঙহৌদনা মশা নানবী নূপী অমনা শবেং অচৌবা অমা মহাক্কী মাঙদা থম্লে।

"ইবেম্মা, ঐখোয় মন্ত্রী সাহেবকী ইবেম্মা ওইরেকো? কয়াদা নুংশিখ্রবনোসে, তমু তমুরদনা। ঙাসি কৎচরমগে, মন্ত্রী সাহেবকা হায়নজখ্রবনি।"

তমুবী মখূৎ খল্লি, "করিনো তৌবীরিবসি, ঙাইবীখো, অমুক্তং হংজখিগে।"

নুপী অদুনা শেল ময়োম অমসু তমুবীগী মাঙদা থম্লগা হায়, " লূপা চনীনি, মনুংসিদা মিং-থা মরোল শুনা ইরবা চেসু য়াওবি। শোইহনবীবা য়াদে। ঐ চৎচরগে।"

তমুবী ঙক্না য়েংলিঙৈদা নুপীদু থোকখিবনা হানখ্রে।

অহিংগী পূং তরামাথোই ফাওবা নিংথেম তৃম্বা চঙলক্তে। ঠিকাদারশিং অমদি ওফিসকী অচৌ-অশাং ময়ামগা য়ু থক্লি। য়ুঙাং লিক্লি

অমগী মথংদা অমনি। ঙা,য়েন,শা অথোংবা অমসুং অতাউবা ময়োম ময়োম্নি পুশিল্লকখিবা। তৌরিবা থবকশিংদু তমুবী থোঙনাউদগী লোইনবা উই । লূনা নান্না থাবা গালিচাগী মথক্তা শারু-ঙারু থাদৈ,ঈশিং হৈদোক্লে,চীন তেংশিল্লি। অথেংবা অহিংদা মখোয়না লাউনা লাউনা ঙাঙনবা তমুবী শেংনা তায়। কুইনা ঙাংন-শানবা,মিং ফম হায়ন-কৌনবা অমদি খোঞ্জেন্দগী তমুবীনা ফল্লিবা মীশিংদুগী মশক য়েংলুদ্রবসু মখোয়গী তোঙান তোঙান্বা শিনফম খোঞ্জেলগা কোন্ননা ফাবা ঙল্লে।

— মন্ত্রী সাহেবনা ঐগী থবকসিমত্তং শোয়হনবীদ্রবা,বিল হেক ফংবগা সাহেবকীদমক লূপা লিশিং অমা কাইথোকচরে।

ঙাঙখিবসি ঠিকাদারনি।

— ঐগীসিমত্তং ঐখোয় সারনা থৌজানবীবা তারে। থবকসি হাপ্পীদবা য়াদ্রবা, ফাইলদু ঐনা ইখৎচখ্রবনি। ঐগী মরুপকী মচানি,মখোয় পীনিঙাই লৈজদে,ঐঙোন্দা চহুমখক্তং সাহেবকী খূৎ য়ৌহনবীয়ু হায়না থমজরম্মী।

হন্দক্কীসি সেক্রেটরীগী খোঞ্জেলনি।

— ঐগীদি পীজনিঙাই লৈজদে,শোইহনবীবা য়াদ্রে হায়জবসি নত্তনা উপায় লৈজদ্রবা।

নোক্কনবসি পার্টিগী য়াম্না চেনবা নুপাদুনি।

— ওজাদগী করি লৌরুনি। নহালগী রাশি লৈবীদু অমুক্তং থাবীরক্লুগা লোইরে। মাগা মায়োক্লরুবা নুমিৎতগী ঐ থবক শূফম খণ্ডদ্রে।

মন্ত্রীনা নোকপদা তমুবীগী মিহুল ফ্রং ফ্রং কাপখি ।

নোংয়াই মতুং ওইরে। ময়াম চৎনখ্রবদা নিংথেম ফমুংদা চঙলকই, য়ু ঙাওখিবনা তমুবীগা ৱারী শানবা য়াদে,ৱান্থুরবগুম লেঙখিদ্রে।

নোংঙানবদা তমুবীনা নিংথেমদা শরেং অমদি লূপা চনী পীরম্বগী ৱারী তৌই। নিংথেম অরংবা মমিৎ উৎতুনা শাওগৎলকখি।

“ তমুবী, নঙ অসিদা লৈরবদি ঐ বদনাম য়াম্না চাগদৌরি। মন্ত্রী শেঞ্জাবা হায়দুনা লৈবাক্লা খোঙ্গোয়নবা তারে।”

তমুবী খুমদে,মহাক্কী পুক্লিং য়াম্না ওলাংঙি। মহাক লূপা চনী মপুরোইবদা শিন্নরম্লগা য়ূমদা চৎনবা শেম শারম্মী।

যূম য়ৌরকপদা তমুবী মপুক্লিং কন্না লাকশিল্লি। মপামদা চৎতুনা নিংথেম্না মখোয়গীদমক শিল্লিবা থৌরাঙ পূন্নমক শুগাইনা তম্লম্মী। মমাক নুপাগী থৌশিল য়েংদুনা শাজৌ থা অহুম অমগা মীব্রা মীশা কয়া খাঙলে। মীগী শেন্দোই হুন্নবা হোৎনবদা থাবল্লে মচানুপীগী যূমদা তোয়না নিজবগুম হায়জবা লাকখি। মঙাইগী য়ারক্তা তারকপদা মহাক মমায় য়াম্না ঙাংলবনি। মরকসিদা লৌরুংশঙদগী মী অমনা নোংমা শাজৌদা চে অমা পীরৈ। নুপা অদুনা ময়েক শেংনা তাক্লম্মী — লৌগী ক্ষেতিপুরন ফংগদবা শেলফম মচিৎ লুপা চামা হুস্ফু নুমিৎ মঙানিগী মনুংদা লৌরো হায়বনি। শাজৌ হন্দক্তি থাবল্লে নত্তনা অতোপ্পা কনাগসু তানদ্রে। মহাক শেল লৌবা নীনিশুবা নুমিৎতা ওফিস কারকখি। শেল পীফমদা মহাক্কী মিং কৌরকপা ঙাইদুনা উরুমদা ফম্লম্মী।

" মোইরাংথেম শাজৌ লাকপীরব্রা? " মনুংদগী কৌরকপনি।

শাজৌ চঙশিন্দুনা থোঙনাউ ময়াদা লেপ্লুই, "ঐ অসিদা লৈজরে।"

" খুড়াদি মমাঙ শেঞ্জাও ফংবা নুমিৎতা উজখিদে। "শেল য়েনবা নুপানা মনুংদগী হায়রকই।

" হোয়, ইবুংঙো, অঙাংশিংদা শিন্নজখিবনি।"

" লৌফম কয়া লেপচিনবীহৌরবগে?"

"কদাইদগীনো ইবুংঙো, অমত্তা লৈজহৌদেদা।"

" করিনো খুড়া? মন্দির, স্কুলকা কৎপীরিব্রা ; অদুক য়াম্বা লূপা লীশীং অহুম চানিপাল ফংবীখ্রগা? লৌ পরী মঙাদি কোম্না ফংঙিনা।"

মীয়াম্না শাজৌদা য়েংনরকই, মহাক্তি শেলফমদু থাজরুদবনা ফাগিনি খল্লি।

" মী ওন্নরমগনি ইবুংঙো, ঐখোয়গী লাইবক্কা মদুগদি লাপ্পরে, খুড়াগীদি লূপা লীশীং অমগা চহুম য়াঙ্খে খক্তনি।"

" ইচা-ইমাক্তা খাইখ্রবা মতুংদা অদুখক্তং লেমহৌরব্রনে খুড়াগীদুবু ?" শেল য়েনবা নুপা অর্থ লৈনা নোকখি।

" ইবুংঙো, খুড়ানা মমাঙ ফংখিবা শেলদুবু কয়ামক্তি শুবগে ?" শাজৌ পাখৎলপ হংঙি।

" ও,খুড়ানা থাজবীদ্রে, লুপা লীশীং অহুমগা চানিপালনি। খুড়াদা ফাগি শান্নরগা ঐগী তোংজবা করি লৈ?"

শাজৌ শেল লৌরগা থোরকলে। লুপা চামা হুম্ফু য়াওবা ফুরিৎখাউ ইহাও হাওবগুম তৌই। মহাক রিকশা অমা তোংদুনা নিংথেমগী বঙ্গলোদা লাকখি। অদুবু নিংথেম ওফিস চৎখিরম্লে। ওফিস লৈফম মুন্না হংলগা চৎলুবদসু টুর চৎখি হায়দুনা লৈরমদ্রে,হল্লক্কদ্রা হল্লক্লোইদ্রা কনাসু খঙনদে। শাজৌ শাওনিংবগী চাং অসুম অসুম হেনগৎলকই,উপায়দি লৈতবনা ময়ূমদা হল্লক্লে।

শাজৌ মচা তমুবীগী য়ূমদা চুমদ্রিং চঙলকই। থিঙেন্দা ঙমদ্রগা নাশিখোংদা হায়নবদুনি,মহাক মশাবু ফাথজবা ঙমখিদ্রে।

" ইবেম্মা,ইপাদি লোইজরে। অফবা মচা পোকপা মমা-মপানা স্বর্গ কাই,ফত্তবা পোকপনা নরক্তা কুম্মি। নবুং অমনা থব্রাই-হকচাং পূম্নমক পূমকা কাহল্লে,নঙনা অমুক কেমহনগদৌরি। "

তমুবী খুন্বা ঙমদে,মমিৎতা ঈরা চেল্লি। শাজৌগী অকনবা খোল তাবদগী নিংথেমগী মমা-মপা ইখ্খোল শূফমদগী চঙনরকই। তমুবী মফম খঙদনা হায়দোকখি," অসিবু ঐনা থোকহনব্রা,বাজীনা পীথোকপীখ্রগা।"

" করি চীন্থীবী,নব্রা হুরানবদুগা নখোয় অনী মান্নরে?"

নিংথেমগী মপা য়াওশিল্লে," কেদৌরবগে ইশেন? লৌশিং, ব্যবহার কয়া হাপ্লীদুনা মেৎতুনা শেম্বীরক্লে হায়না ঐখোয়নদি ইমৌবু অতিয়া পক্লা থাঙ্গৎচরি। করি অশোয় অঙাম য়াওরবগে?"

নিংথেম-মপাগী মরৌ লৈবা ৱাঙাঙদা শাজৌ কন্তক খুন্নকই, " হন্দক্কী মতাংদা ঐখোয় তৎনগদৌরি ইবাই। হেরা ! অসুক চাউনা মীনম্বা,অহল-লমন মশক খঙদবা,খর্জিক খজাক্কী শেলসু নত্তনা,মী মচাশিংসে।"

" কনানা কনাদগী লৌখিবগী ৱানোনে ইশেনগীসিবু?"

" ইবাইবু ৱাফমসি করিমত্তা খঙবীদব্রা?"

" করিনো ঐনা খঙগদবসি,ইশেন্নবু ঐঙোন্দা তাকপীখিবা লৈরব্রা?"

" চুম্মি,ইবাইনা খঙবীফম থোক্তে। ঐনা হুরানবদুদা পুরা

থাজখিবনা শাক্কি থমহৌবগী ৱাখল লৈখিদবনি। অদুবু ঐগী ক্ষেতিপুরনগী শেল নিংথেম্মা থমখি হায়বসিদি ইবাইসু খঙবীখিবনিদা।"

" করিনো ইশেন,নচা নমাক্তবু অদুম্মা লৈখা তাবা ৱাঙাঙ থাবীরিবদুবু? ফরবসু ফৎত্রবসু নমাক্তু হৌজিক্তি লৈবাক্কী মন্ত্রী হায়বদু ওইরিবনি।"

" মখোয়গুম্বা মন্ত্রীসিনা সাসন তৌবা লৈবাক্তবু প্রজা ঈংনা পান্দবা হৌনব্রা?" শাজৌ করেম্মরপ নোকই।

" ইশেনগী ৱাসি আ য়ৌখ্রে, তানিংলক্রে,তোকপীরো।"

" ইবাইনসু অদুম তাকপীরবা,খন্থদুনা অমুক্তদি য়েংবীয়ু,ইশাদা থাংজিনবীয়ু,য়াবীবা ঙমগদ্রা?"

" এঃ য়াবা য়াদবা হেনমল্লে।"

" নিংথেম্মা হন্দক ভোট লেপ্লদা চৎনখিবা শেলসি কদাইদগীনো, ইবাইনা করিমত্তা হংবীহৌদে?"

"ইশেনগীদুবু ৱারো ? ইশেন্দগী পুখি-লাকখিবা লৈব্রা হায়জবনি, নিংথেম্মা ভোট লেপ্লদা চংখিবা শেলগীদমক করি ৱাবীফম থোকপনো, মাথা করিসু শাবীরুনু। চহী কয়াগী মমাঙদগী ভোট লেপ্পবা থৌরাঙ তৌজরক্লবা ইচানি। মহাক্কী কর্মীশিংনা পাংখিবা,ৱাখিবা ময়ামদু ইশেন্না লংফৈ চৎথোকপীখ্রবনিনা খঙবীররোই।"

" তমুবী, হে অপঙবী ! মহা হুরানবদুনা ঐগী ক্ষেতিপুরন্দগী পুরকখিবা শেল ময়ামদু নঙোন্দা খক তাক্তে?"

" শেল পুরকই হায়বদি খঙ্ঙি,বাজীখোয়নসু য়াবীদুনা মহাকপু থমহল্লি। অশেংবা শেলশীংদি ঐ খঙজদে । বাজীখোয় ঙাঙনবদা লূপা লিশিং অমগা চহুম্নি হায়বদি তায়।"

নিংথেম-মমা মমিৎ লংখৎলকখি,ওনশিন্দুনা খেকথরকই," ইমাই পেন্মা ! ইমাই পেন্মা ! অদুক য়াম্বা শেলফমদুবু ইমুংসিদা নমশিল্লক্লিবা? লুট চঙলক্লম্লবদি করি থোক্লমগনি। অহল ওইবা ঐখোয়দা করিমত্তা হেক তাক্তবা,কয়াদা মীথানবীদ্রিবনোসে। "

" তমুবী," মরাল লৈজদবী মচানুপীনা চাকচবদু য়েংলগা শাজৌ মপি খাল্লম্মী,"ঐনা খঙবা শেলফমদুগীদমক্তদি অশাওবা কয়া ফাথদুনা

খাঙলক্লি। হৌজিক প্রোক প্রোক চাক্লিবসি লাইরিক হৈতবা মকুবোক্তা তৌবীখিবা নমথাকসিদনি। ক্ষেতিপুরনগী শেল লূপা লীশীং অমা চহুম য়াঙ্খে নত্তে,লীশীং অহুমগা চানিপালনি। অসিবু হৌনরিব্রা? নখোয় নুংঙাইরো,ইপা মীনাই ওইখ্রগে।"

শাওনা লাকখিবা শাজৌ ময়ূম থুংলবগা মহাক্লা শেল লৌফমদগী খঙলকখিবা ব্রারোল অমদি তমুবীগী য়ূমদা ঙাঙনরকপা পূম্নমক থাবল্লেদা তল্লে। মখোয় অনী নাদনা চাক কাউনরে, তূম্বসু য়ানখিদে। নিংথেমগা অরোইবা ব্রাফম অমা ঙাঙনথোকপনা ফরগনি হায়বসি মখোয় খন্নরে।

নোংঙানবগা তমুবী ইম্ফাল চৎখিবগী পাউ মপাম য়ৌরকই। হল্লকখ্রে হায়বসু তম্নরে। অদুবু মশাদি মমা-মপাগা উনবা লাকখিদ্রে। নুমিৎ হুম্নিগী তুংদা নিংথেম কলিকাতা চৎখিবগী পাউ ফংঙি,হল্লকপগী মতমদি খঙনদে। মমাক নুপা হল্লকপা ঙাইদুনা শাজৌ মতম খর খাঙলম্মী। নুমিৎ তরানিরোম লৈরগা নিংথেম হল্লকখ্রে তাবদা মহাক ইম্ফাল হাইগৎলকখি। শাজৌ বঙ্গলোদা চঙলকপদা মচানুপী ফমদুনা লৈরম্লে। মতৈ-মনাও ময়াইথংবা কাদা খোল ব্রাংনা ঙাঙনরম্মী। মহাক্লা থোঙদগী কানশিনখিবদা মখোয় অনী তুমিন তুমিন লৈনখি।

" নিংথেম, করি করম তৌসি হায়রিবা? "শাজৌ তপ্না হৌরকই।

" ঐ হৌজিক হৌজিকমক ইকুবোক্কী শেল শিংবা ঙমজখিরোই হায়বসি তমুবীদা তমজরম্লিবনি।"

" নঙোন্দগী নিবা নত্তেকো নিংথেম,ঐগী শেল শিংদোক্লো হায়বনি। শেন্দোল থৌবা লাকপা মীনা ঐখোয়বু য়োৎকদৌরে,তূম্ফম-চাফম খঙদ্রে,ধর্ম খর খর য়েংনবা ফৈ।"

" ইকুবোক,ঐ শোয়দনা শিংদোকচগে।"

" পূখিদবা শেলনিকো নঙনা শিংগে হায়রিবসি,খরদি ভাব তানসি। শিংগদবা শেলদি কয়ানো?"

" ওফিসতগী ইকুবোক্লা য়েংবীরুরে হায়বা তাজরে। অমুক্তদা শিংদোকপা ঙমগনি থাজদে। অঙম অঙম্বা,অচিন-অফাই চৎননবা তাঞ্জা লাকপা মতমদা খর খর ইনখৎচগে।"

" নিংথেম !" শাজৌ হৌগৎলকপনি। তমুবীগী অব্রাবা শকফম

য়েংলগা ফমথৈ," ঐগী ইরল থৌবনি,থৱাইসিনা লৈরিমখৈদি মীঙোন্দগী নিরগা চাগদবা নত্তে "

" ঐ পূন্নমক খঙজে, শেলফমদু ইকুবোক্কী ওইরবসু ঐঙোন্দা সহি তৌদুনা পীবীখ্রবনি। শাক্তি-শাবন য়াওবা চেদু ওফিসতা লৈরি,ইকুবোক্লা ঐঙোন্দা শিন্নবীখিদে হায়বীবা য়াররোই। কনাগী কোর্ত্তা লেপ্পরবসু শেলদু ঐগী ওইখ্রবনি হায়রক্লগনি। শেলফমদু ঐনা শিজিন্নবদা অকায়বা লৈতে লৌজখ্রবনি। ৱাফম অমনা শেলদু ঐনা অরেম্বদা হুন্দোকচখিদে। ঐগী চাওখৎপদা অহলশিংগীসু শরুক ইয়াও য়াওনদবগুম ঙাঙন-শানবীবা অসিনা ঐবু মীতোপকী ৱাখল চেলহল্লে।পুক্নিংসি মওন-মওন খলহল্লি ।"

" করি খল্লিবা,মীগী অৱাবা খঙদবা নঙনা?"

" তমুবী," নিংথেমময়া চিক্লা হায়," নঙনা ময়ায়দা লেপ্পগা লৈনবা মবীনি,কাউনদবা ফৈ।"

তমুবী নুঙ অনীগী মরক্তা হাগুম য়াম্না পিকশিঞ্জখ্রে। মমিৎ পাঙবতনি কনাসু উখিদ্রবগুম তাইবংদগী নাইতোম তানা চপ লেপ্পি । থোঙজিন্দগী মঙক লিৎশিল্লকপা নুপা অমনা কৌরকখি," সার,ওফিস মতম য়ৌরে, অদুগা চিফ মিনিস্তরনসু থুনা অমুক্তং লেংবীরক্কবা হায়রকই ।"

" ঐ থোরক্লগে গাড়ী থৌদোকহল্লো।" নিংথেম শোন্থাংনরপ শাজৌদা ওনশিল্লকই," ইকুবোক্লা খনবীরো,ঐগীদি হৌজিকমক্তি উপায় লৈজদে।"

শাজৌনা মখা তারক্কবা তাঞ্জা ঙাইরমদনা নিংথেম থোকখ্রে। মচানুপীনা চাক চাখিনবা খাম্বা য়াদনা শাজৌ ময়ূমদা হল্লক্লম্মী।

চয়োল অমরোমগী তুংদা নোংমা তমুবী মপামদা লাকই,য়ৌরকপগা থম্মোয় শোক্লা কপ্লে । মমা-মপাদা মতম চুপ্পগীদমক মহাক মপামদা হল্লক্লবনি হায়। মরম হংবদা কুইনা খুম্মু য়াখিদে,তাক্লিংদনা তম্লকখি।

" ঙরাং নুপী অমা চেল্লক্লে।"

" নিংথেম্মা? "শাজৌনা হংবদা য়াওখিবী থাবল্লে মকোক উরু উরু লৈরি।

" ইম্ফালদগীনি,অচৌবা ঠিকাদার অমগী মচানি,লাইরিকসু হৈ হায়নৈ।

" লাইরিক হৈদুনবু কৈদৌননি,লাইশু য়াওরম্লোই।"

"বাজী, ঐ শিজখিবনা ফরবনি। ঐ মাগী ময়ূমদা লৈজনিংদ্রে,অমুক হল্লরোই।"

" নঙগী নুপানা অতোম্বী চেল্লকপগীদমক হল্লক্কদৌরিবা ? য়াদে। অদুবু তরাগী মপুনি খঞ্জবা নুপাশিংনা করি শাস্তি ফংগনি?" শাজৌ কন্তক লাউরকই।

" বাজী,ঐ লোন্নবী ওইবা ঙমজরোই।"

মচানুপীগী মতৌ য়েংলগা শাজৌ অমসুং থাবল্লে নুংবঙনবগুম তুমিন ফম্লম্মী।

# ১৫

তমুবীগী লুহোংবা নুমিৎতা লাক্লস্বদগী ঙসি ফাওবা হেমা ককচিংলোমদা খোঙদারখিদ্রে। থোইবা লৈখিদবগী পাউদা মহাক য়াম্না কপখি অমদি নুমিৎ কয়ানি চাখি থকখিদে হায়বদি তম্নরকখ্রবসু শ্রাদ্ধদদি য়ৌরকখিদে। মদুগী মরম তমুবীনা খঙবা লৈ,মহাক্কী খাঙঙমদবা মৈচাক লোৎপদা ৱাগদবদু। ঙসিদি হেমা তমুবীগী খোঙ্গুল লীরকপদা চীংয়াগী যূম য়ৌরকই। লাকথোক্কনা য়ৌরকখিবী মহাকপু উরগা তমুবী ইঙক ঙকই, লমলানবী শকখঙনদবী অমগুম মহাক তপ্না চঙলক্লি। পিক্লিবী মচা পোদুনা ফৌ শুরম্বী তমুবী শুক থম্লগা চেন্থোরকই, মখূৎকী উফুল কন্থোক্লগা হেমাবু চেৎনা কোন্দুনা লৈখি।

" মঙগুম্বনি ইচে,অসুম্না য়ৌরকপসি। ঐ অসিদা লৈখ্রে হায়বা কনানা তাক্লকপগে?"

হেমা তমুবী য়েংদুনা মপি তৈথোকই," তমুবী নঙতনা কাউবীখ্রবগী ৱানি,ঐনা নঙবু থিবদা করিগী ৱাজরুনি। নঙনা ইপামদা হল্লকখিবগী পাউনা ঐবু কয়াগী মতিক য়াম্না ৱাহনখ্রবা। নোংমতসু নঙ শক উৎলবদি য়াবনি।"

" ইচে,মপান ফাওবা থোক্লিংদ্রবা মীনা কনাবুদি উননিংগনি। ইচেখোয়গী য়াইফবগী পাউদা ঐখোয়সু নুংঙাইজবা অসি মঙায়রে।"

হেমা নীংঙমদবগী মিৎয়েং হন্দোকপা ঙমদে। মঙোন্দগী চহী অহুন্নোমগী খা ওইবী তমুবীগী শকফম য়াম্না লৈশিনখ্রে,মায়থোং শিন্থুংনা

কুপ্পা মাহিংনা ফজবা পূম্নমক মাঙহনখ্রবনি।

" মামখোয়দি?" হেমা ইয়ুমলোমদা য়েংঙি।

" কনাসু লৈতে, বাজীনা শ্রাদ্ধ চৎখি, ইমানা লৌগী খুলঙলোমদা।"

" ইনেখোয়গা য়াম্নদি উনজনিংবনি, অদুবু থেঙলক্কদৌরিব্রা?" হেমাগী মিৎ অনীমক পিরাং খমদ্রি," তমুবী পুন্সিবু ঙক্তে করম্না হায়গনি, মসি অরেপ্পা লৈতবা তাৎকী মশক্কি। ঐ নঙগী তাচৌনা মরম ওইরগা যুম পাল্লরোই খল্লুরবনি। অদুবু মী মচা ওইবনা অদু য়ৌনা লেপ্পদি ঙম্লোইদৌরি। অহল লমনবু নীংবা থুংহনবগী মিংদা ইশাগী অশোনবা লোৎশিনবসি তশেংনা তুক্কচনিংঙাইনি।"

" ইচেনা লৌরিবা ফিরেপসি অচুম্বনি। ঐখোয় খ্বায়বু নুংশিদবদগী হুন্দোক্লল্লগা চৎখ্রবা মাগীদমক চিন্তা পুদুনা কবিগী ইশাবু ব্রাহঞ্জরুনি ; স্বর্গদা লৈখ্রবা মহাক্লা মীকুপ অমত্তসু ঐখোযবু নিংশিংবীবল্লরোইদবদা।"

" নঙোন্দা ঐগী লুহোংবগী বার্তন পীবা লাকপনি। পূংফমসি য়ৌরক্লবদা ঐনা মহাক্কী নুংশি মৈচাক পুদুনা লৈবা হায়বসি লমচৎ নাইবী নুপীনা তৌফম থোক্তবনি, অদুবু করিগীনো, হায়ফম খঙদে, ঐগী থম্মোয়সি অসুক ব্রারকপা ঙমদ্রিবসি। নঙগী তাচৌদু পুন্সিসিমগীদি ইনাক্তগী লাপথোকহনখিবা ঙমগনি নীংদ্রে।" নুংদগী হিক্লকপনা হেমাগী খোঞ্জেল ফাখ্রে।

বার্তন চে পীরকপা হেমাগী খূৎ পায়রগা তমুবী কপখি। তুংদা মহাক্লা মপামদা হল্লকপগী ব্রারী মরীক চূম্না হেমাদা লীরম্মী। হেমানা নিংথেম্বু য়াম্না তুক্কচখি। নুংশা খর নেম্লক্লবদা তমুবীনা মহাকপু লৈরক লান্না থিন্দোরক্লে। অঙাং ওইরিঙৈদা থোইবানা মহাকপু পুরগা শান্নমিন্নখিবা চীংয়াগী অহাংবা লমদমদু লৈনা লৈনা য়েংলম্লগা হেমা মখোঙ লূম্না ময়ূমদা হনখ্রে।

হেমাগী লুহোংবা য়াম্না মশক থোকখি, অউনপোৎ য়াম্বগীদমক ব্রারীনখিবনি। বর মশক ফজবতা নত্তনা মগুণসু য়াওরি, ডাক্তরনি। তোমাল মনীং থুংবা মমাক ফংবনা মীপূম খুদিংমক্তা হরাওবা উৎলম্মী।

মচানুপাগা হৌমিন কামিন্নরকপী, মখোয়নসু লুনা তৌজরকপী হেমাগী লুহোংবদা শাজৌ অমসুং থাবল্লে য়াম্না চৎনিংখিবনি, নাম্ভোকফমসু

থোক্তে, অদুবু মশক থোকপা পোৎপাং পুনবা লৈতবতা নত্তনা ভারা ফাওবা লৈখিদ্রবা, অদুগী মথক্তা থম্মোয় কায়না চাক্লিঙাই মরম ওইখিবনা তোকখ্রে। তমুবীসু লাইরবগী ব্রাখঙদবা মরক্তা তিল্লে।

শাজৌ নোংমা নিংথেমগীদা শেল থৌবা চৎলম্মী। শেলগী ব্রাফমদগী মথং মথং শমথরক্কুনা তমুবীনা মপামদা হল্লকপগী মতাং ফাওবা ঈংথনা ঙাঙনখিদ্রে ; থীনা খৎনখ্রবনি।

" নিংথেম, ধর্ম বিচার লৈবনিকো, তপ্লা থুবগী ব্রাতনি।"

" অচুম অরানগী ব্রাফমসি ইকুবোক্লা য়াম্না পাম্বীরগনসু বিচার লোযশঙ লৈ, মফমদুদা ঙাঙনবনা ফরগনি।"

" ইবুংঙো, নঙ য়াম্না ব্রাংমল্লে, কাক্লা ফমদেকহন্দবদি ফৈ।"

" তেল্লক-তুরল্লগা শোক-পনবা য়াওনবসু য়াই. ঐঙোন্দগী লাপথোকপীয়ু হায়জনিংলে।"

" মসিমদি নঙ খঙঙু নিংথেম, ঐগী অশেংবা ইরল খক মাঙফম থোক্তে।"

শাজৌ ব্রা মখা তারমদ্রে, বঙ্গলোদগী থোরক্লে। মহাক খুদক্তা য়ূমলোমদা হল্লকখিদে, লৌগী কেশ পায়খিবা উকিল নরজীৎকী ময়ূম পাংলকই।

উকিল শাজৌগী মায়থোংনা চেন্নরকপা অব্রাবা উই।

" তাদ, করি লৈবীরবগে?"

" ইবুংঙোদা ব্রাফম অমত্তং তানর্জনিংদুন লাকচবনি।"

" তাকপীসি।"

" ইবুংঙোনা কেশ তৌবীখিবা লৌফমগী ক্ষেতিপুরন হায়নবদু ফংজখ্রে?"

" ঐসু তাজৈ, তাদনা খ্বাইদগী ইহেন হেন্না ফংখি হায়নখি, লূপা লীশীং মরিদগী খজিক্তা তাখিমাল্লে।"

" অদুনি ইবুংঙো, ময়াম্নদি হায়নবীবা, ঐগী খূৎতদি য়ৌরকখিদ্রবা।"

" তাদগী ব্রাসি ভাব তাবা ঙমজদে। শম্পৎনা ময়েক অমুক্তং শেংহনবীয়ু ; ঐ থবক খর লৈজৈ।"

" অসিনি ইবুংঙো,শেল য়েনবা নুমিৎতুদা ঐ চৎখিদে। ইমাক নুপা হৌজিক মন্ত্রী ওইরিবা নিংথেম হায়বসি থাখিবনি,ইচা-ইমাক্কি হায়দুনা থাজরুবা। মদুগী ওন্নবদা মানা পুরকপা শেলফমদু তাক্লখিদ্রে,লূপা লীশীং অমগা চহুম য়াঙ্খে ফংঙি হায়না তন্নে। হায়রিবা শেল অদুদগী ঐঙোন্দা ঙসি ফাওবদা লূপা চামা য়াঙ্খেদগী হেন্না পীরকখিদ্রে। মরকসিদা ৱাৎহৌবা শেল মচিৎ খর লৌবা ওফিস চৎচরুবদা ইবুংঙোনা হায়বীখিবা লূপা লীশীং মরিদগী চনী তাবা ঐগী ক্ষেতিপুরন ওইনা ইমাক নুপানা লৌখিরল্লে। মঙোন দা শেলদু পীযু হায়রুবদা মরৈ-মরা তৌদুনা লৈরকপসি কুইরক্লবনি। ঙসিদি শেল শিংফম লৈতে, য়ানিংদ্রগনা কোর্ত্তা কেশ তৌরক্লবসু য়াগনি হায়না কন্থোরক্লে। মতাং অসিদা ইবুংঙোগী মতেং নত্তনা ঐগী উপায় লৈজদ্রে।"

" ওন্থোকপনিদা তাদ,হুরানবগী খূৎতগী অদুক য়াম্না ৱানা মুল্লগা ডাকু অমবু অমুক লাকহনখ্রবনিনে? ফরে,হুরান মতুং মৈরিংলসি ঐনা হংজরিবসি তশেং তশেংনা তাকপীযু।"

" হায়জগে।"

" ইমাক নিংথেমদগী তাদনা শেল পূবীখিবাকাদি লৈবীখিব্রা?"

" করিমত্তা পূজখিদে।"

" নিংথেমদা তাদনা ফংগদবা ক্ষেতিপুরন পীযু হায়না শেল য়েনগদবা ওফিসতা চিঠি ইবীখিবদি লৈবীখিব্রা?"

" ইজখিদে,অদুবু মানা ক্ষেতিপুরণ লৌবা চৎলমদাইদা ঐবু চেজম অমদা সহি তৌহনখি।"

" মরোলদি,করিমত্তা ইবীখিদবা?"

" হোয়,ইজখিদে,ইহাঙ হাঙবা চেজমদনি।"

" মীদি কনা কনা উহৌই ?"

" মনেম্বোক্তগী হেনবা কনাসু উহৌদে।"

" নিংথেম্না শেল পুরক্লবা মতুংদা তাদগী সহি লৌখিবদি লৈব্রা?"

" লৈখিদে।"

" শেল পূরকপা নুমিৎতা ইমাক নুপাদু কনাগা য়ূমদা হনমিন্নরকখি?"

" ঐখোয় লমগী চৌকিদারগা।"

" চৌকিদার অদু ঐগীসিদা তাদগা নোংমতং লোয়নবীরকপা য়াগদ্রা?"

" হোৎনজগে।"

" শোয়দনা মহাকপু পুবীরকউ,মদুগী তুংদা তাদগী কেশ তৌজরগে।"

ক্ষেতিপুরন পুরকপা নুমিৎতা চৌকিদারনা হায়খিবশিংদু নিংশিং নিংশিং শাজৌ ময়ূমদা হল্লক্লে। নোংঙানবগা চৌকিদারগা শাজৌগা চেকশিন্না ৱারী শানৈ,লূপা মঙা নামৎ পীবা য়ানদুনা উকিলগী ময়ূমদা চৎনবা লেপ্লরে।

মথং নুমিৎতা শাজৌনা চৌকিদারবু উকিলদা শক্তাক্লম্মী। উকিলনা হায়," তাদ চৌকিদার, ঐখোয়সি ইশাগীতা য়েংদুনা অসুম চৎনরবদি সংসার অসি নোংমদি মমখিবা তারে। অঙানবা লম্বী খরসু থিসি। হায়বীয়ু, শাজৌনা মমাক নুপা নিংথেমদগী শেল পূবগী শাক্তি ওইবীখিবা লৈবীব্রা?"

" এঃ কদাইদগী? নিংথেম হায়বসি শাজৌগী মমাক্কি হায়বগী শাক্তি তৌজখিবদি লৈ,অদুগা শেল পূই হায়বগী শাক্তিদি ওইখিদে।"

" ৱাফম অসিমক তাদনা কোর্তা অমুক্তং হায়বীদুনা অচুম্বা থিবদা তেংবাংবীয়ু।"

" অশেংবা ৱাফম করিগী হায়রোই,উকিল সাহেব।"

কেশ হৌবীনবা শাজৌনা উকিলদা লুপা য়াঙ্খে পীরম্লগা ময়ূমদা হল্লক্লম্মী।

কেশ তারিক পীরক্লে। শাজৌনা কোর্ত কামিন্ননবা চৌকিদার থিকবদা ফংখিদে। বিচার চৎথরকপদা চৌকিদারনা নিংথেমগী মীচংদা শাক্তি পীখ্রে। উকিল মকোক খোৎলি,শাজৌ মায়থীহৌরে। নিংবা কায়বমক নৎত্রবসু উকিল নুংঙাইতনা হায়," তাদ,কেশসি ঐনা মখা চৎথজখিগনি,অমুক লাকপীদ্রবসু য়ারে,শেলসু লৌজররোই।"

" ইবুংঙোগী পুকচেল চাউবীবগী মতৌসিদা ইয়াম্বা তশেংনা ইকাইজে। অদুবু ইবুংঙো,ঐখোয়না ঙম্বগী আশা উবীরিব্রা?"

" তাদ,ৱাখল চাউথোকপীয়ু। অচুম্ববু অরানবনা নমথদুনা থম্বা হায়বসি ঐগী খ্বাইদগী খাঙঙমদবা অৱাবনি হায়বসিমত্তং খঙবীয়ু। য়ৌবীরো

তাদা।"

"ইবুংঙোগী তৌবীমল কাউজরোই।"

শাজৌগীদমক নক্লবা মরী হায়বা মীশক অমা হৌজিক কদাইদা লৈরি, থোঙ লোইনবা লোনখ্রবগুম তৌই। মশুগীদমক তোয়না লাকপা মঙাই অনী মঙাইরে হৌজিক মহাক্কী যুমদা খোঙদাররিবা। নোংমদি তমুবীবু মনেম্বোক্লা কোল্লগা কপ্লে, যুমদা হল্লসি কল্লা থেল্লে।

"ইবেম্মা, ইনেম্মা নঙবু অসিদগী হেন্না কুইনা থাদোকপা ঙম্লোই। নঙনা যুম অদুদা লৈত্রবদা,ইশুবু উদ্রবদা ঐখোয় করম্মা হিংগে হায়বগে? নঙ নুংঙাইফম থোক্তে হায়বা ইনেম খঙডি. অদুবু হৌজিক্তি পাপীশিং অদগা মান্নরুবনুসি,মখোযসু মখোয়গী থোকপা। কনাগী মতেং যাওদ্রবসু ইমৌনা চবাদি হেল্লোই। ইমৌ সনাগী কবি ৱাৎকনি।"

"ঐ অহল-লমনশিংদা পেন্দবা অমত্তা লৈজদে,নচাগী লাইবক্লনি।" তমুবী কপ্লম্মী।

মনেম মকুগী অৱাবা যেংলগা তমুবীব মমা-মপানা কল্লা থেম্মদগী, ময়ূমদা লৈখ্রে। অদুবু,মহাক নিংথেমগদি ঙাংনে-শানবা লৌদ্রি, লমলানবীগুম লৈবম্মী।

শাজৌ অমসুং থাবল্লে হিংনবা হোৎনবদা মাংগা কাদুনা শীংয়াল্লি ই ফাল্লি, অদুবু ষনসু লৌসূ শানবা তাবনিনা লৌউবগী থবক্তি লেপ্লে। মমা-মপাগীদমক য়াম্না নুংনাংলবসু তেংবাং করিমত্তা পীবা ঙমদ্রবী তমুবী নোংমা মপাম কূল্লকই। মহাক পাউ অমা তম্লিংদুনা লাকখিবনি।

"ইমা,ৱাবগাইদগী ঐখোয় মামহলনি হায়বা অহল অমা লাক্লম্মী,মশক্তু উবদা তাক্লবসু ইমাগী মবুং ওইরমগনি হায়বা তেক্তো খঙডি।"

"এঃ কৈদৌবা লাক্লম্লিবা?"

"ঐবু উনবা লাকপনি হায়। ইমাখোয়দি খর লাপ্না চীংয়াদা লৈখ্রে তম্বদা কোন্না উনরগে নিংশিংলম্মী। মখোয়না লানখিবা ময়ামদু খল্লুরগা ইকাইজরিসু হায়রম্মী।

"করি থবক্কীনি হায়বগেনে?"

"মামগী মচা নুপা মেত্রিক পাস তৌখ্রবা অমা লৈ,মহাকপু ওজা

ওইনা হাপ্পীনবা মখোয় বাবাদা খর হায়নবীয় অসিনি। মবী-মতা মন্ত্রী অমা লৈরে,য়াম্না চাউথোকচরিবনিকাসু হায়বম্মী। ঐসু হোয় হোয হায়না অদুম তারবা,ঐগা মখোয বাবাগা ব্রা ঙাওনদে হায়বসু খঙহঞ্জনিংদবনা কোন্না তাঞ্জা চাবা মতম অমা যেংলগা তমজগে হায়জখিবনি। ইমা, মামদু শেল-থুম য়াম্না কোম্না পানবগুম উই। তৎনবিবনি হায়দুনা ইমানা ঐখোয়বু নোংমতস্ মখোযগী মনাক্তা পুবীদুনা শকখঙনহনবীদে. মখোয় লাক্লুনা ঐখোয়গী অরা-অনাদা শক্তক য়াববসু তৌদে। অসিবু কবি মবী-মতা কৌবগে? নখোয নচিন নৌপ্পানা অসুক য়াম্না থানবিবসি কবিগীনো? খবদি হাকমল্লি।"

"ঐখোয় কবিগী নুংশিনদনি.চগুনদবা উনাদবগী বানি।" থাবল্লে মপি খাম্না নোকই।

"মখোয়না লাল্লিব্রা.ইমাখোয়না শোযবিব্রা.মওংসিদি চুমদ্রবনি।"

"মীওইবগী বাংজনিংবা হাযবা খুববা.পঙজরবা ব্রাখল অমনা খানবিবা শম্নলনি ইবেম্মা।"

"তোযনে,মাংঙ্ভিগা শেংঙ্ভিগা। য়াইথীবী শেংদোক্লবা কাঙবু অমবুসু খুলগী দেব-কর্ম থোকপদা বার্তন ককখ্রে মনোজ অমা.রাথোক্লে কয়াদি চাউববা।"

"ঐনা মহেল্লে হাযনা খনবা ধর্ম চৎপা মীশিংনা অতোনবশিংগী অরাবা উবীবা হৌনদে। অনেম অরাংগী মচুদা লৃপচবা মখোয়না শান্তি কনবা ওইথোক্লোই। ঙ্গইখোদা মসিগী রাসি। নঙগী মামহলদু ঐখোযগী মবমদা করি করিদি তংলম্মী?"

"থোইনা হংলমদে,হান্নুনা খঙলবগুম তৌই। শেল থুমগী ফিভম ফৎতবদগী যুম যুম্ফম য়োন্থোক্লগা খুলগী মতাই অথাপ্পা চীংখোঙ অমদা হোংখ্রে,অদুগী তুংদা ক্ষেতিপুরন অচৌবা শেলফম অমা ফংখিবগী পাউসু তায় হায়না তম্লম্বনি। মখোয়না খ্বাইদগী নুংঙাইতবদি তাচৌ লৈখিদবগী পাউ অদুনি হাযরম্মী।"

"পুম্নমক্কু তারগা নোংমতসু ঈহং-পাউহংলখিদ্রবা মখোয়না নঙগী খোঙ্গুনবুদি লীরক্লিবনিনে? তমুবী নঙ য়াইফরবনি ইবেম্মা।" মরম খঙদনা নোকপদা মচা নুপীসু য়াওই।

মমানা ৱাবগাইগী ৱাদু কয়া খোইজংদবদা তমুবী ৱাফম হোংঙি।

" ইমা হৌজিকপু হিংগদবসি করম্নো? ঐখোয়গীদা লৈরুরসি হায়নিংদুনা ঐ লাকপনি।"

" তুমিন লৈয়ু,তারবদি মৈ হৌরক্কনি। ঐসু নপাগী ৱাখলগদি মান্নরি,পাঙ্গলনা লৈরিবা মখেদি মীঙোন্দগী তাংলগা চাবদি তৌরোই।"

" ঐখোয়গীদা লৈববু তাংবা কৌব্রা? বাজী ইমা ৱামল্লে।"

" তমুবী,নঙ মখা তারক্কনু,ঐখোয়গী অশাওবসি নঙোন্দগী হৌরকফম ওইনা তৌই। ঐখোয়গীদি লাইবক্লা মখা করি তম্লি য়েংবা তারি।"

তমুবী মপোৎ ফানা পুজরিবা মৈচাক্কী মথক্তা মমা-মপাগী পুন্সি মরেল খল্লুরগা য়াম্না নুংঙাইতনা হনখিরম্মী।

শাজৌগা থাবল্লেগা লংফৈ চৎনবা ৱাতানরকপসি কুইরবনি। হিংনবা উপায় লম্বী অসি নত্তনা লৈশিল্লক্রুবদা থাবল্লে কৈথেল কাদুনা পোৎলাঙলম্মী। কোবি,আলু চিনি,চুহী,চুরুট বিড়ি অমদি সাবন্নচিংবা খর খর পূরুবা লূপা কুনমঙাগী লৈরুরে। মখোয় মথংগী নুমিৎতা য়ুম শো লোল্লম্লগা খা-নোংপোক পাংনা চীংজাউ কয়া লান্দুনা লাক্লম্মী। খোঙফমদু অহানবা ওইবনা য়াম্না লাপ্লা চৎখিদ্রে,নোংমগী লম্বীদা লৈবা লমকাং খুল অমদা থুংলুই। অসুম্না মখোয় খোঙচৎ খুদিং খুল হোং-হোংদুনা লাকখি — মোয়োন,মোনশাং,অনাল অমদি খোংজাইশিংনা তাবা খুল কয়া য়ৌই। মনুং হঞ্জিন্না লৈখ্রবা শাজৌগী মতাওশিংনা মহাক্কী মতৌ উবদা কোন্দুনা কপ্লম্মী। মখোয় অনীনা তম্পাক্তগী পুখৎলকপা পোৎশিং চীংগী খুঞ্জাশিংনা য়াম্না পাম্মে। মখোয়দসু শেলগী অৱাবা লৈবনা পোৎকা পোৎকা শিন্নবনি। মখোয়না পীরকপা চেঙ,ফৌ,থোইদিং,লশিং তম্পাক্তা অমুক য়োল্লবদা মতৈ-মনাও শেন্দোং য়াম্না ফংবনা অৱাবা কাউই। থাবল্লেনা লুবাক্তা অদুগা শাজৌনা লেংকোৎ পোলাংদা অরুম্বা পোৎ পুদুনা চৎপদা অহানবদা খোঙ খূৎ ঈ হৌবগী অৱাবা কয়া লৈরম্লবসু মমৈথংদদি নুমিৎ মরি মঙানি লেপ্তুনা চৎপা ঙম্লক্লে। চপ য়ুংনা ফক্লাংগুম ঙম্লবা অৱাংবা চীংদোন লানবা লম্বী কয়াগা থেংনবদা থাবল্লে থৌওইখিদ্রে। পুন্সিগী শীংনবা কয়ানা মখোয়গী পাঙ্গল শরুক অনীদা হেলহনখ্রবনি। লমগী শা

কৈগী অকিবা শাজৌদা লৈতবনা মহাক্কী হঙ্গোইবা মাঙহল্লি। করিগুম্বা মতমদা লৌমনগী হুন্দোকপীরবা শঙদা মখোয় অনীতা য়ারেকপসু য়াওরম্মী। নোং কন্না চুবনা নুমিৎ নিনি-হুম্নি ফাইখিবসু য়াওই। লম্বীদা কৈ কুন্দুনা লৈরম্বা,শওম্মা শমদুনা চৎখিবা মতমদসু থাবল্লে হনখ্রসি হায়রকখিদে। হুমাংনা লূপ্লবা,লৱাইদা মৈ হৌনা শারক্লবা মতমদা শাজৌনা পোত্থানবা হায়রবসু মখোয়না তম্লকখিবা মফম য়ৌদ্রিফাওবা মহাক চৎনবা হোৎনৈ, নুংথিল অমগী লম্বীদা ঈশিং ফংদবা তোয়না য়াওখ্রেবনি। শাংনা শাংনা চৎপা লম্বীদা মখোয় অনী মখল মথেলগী ৱারী কয়া লীনরকপদা মখোয়গী পুন্সি থৌদোক ৱারীসু য়াওরক্লি। পাখং-লৈশাবী ওইরিঙৈ মতমদগী হৌরগা পোৎলূম্না নল্লিবা পূংফম য়ৌরকখ্রে। পুন্সিদা মীরক তিনবা ঙম্লবা হোৎনজখিবা পূম্নমক্কী মহৈ ওইনা অসুম অসুম শোৎথহৌবগী ৱাকৎ ময়াম অমা মথং মথং থাবল্লেনা চিংথোক্লবা হোৎনরকপদা শাজৌনা অতোপ্পা ৱারীদা থৈনবা হোৎনৈ।

" থাবল্লে, নঙগী নতৌদা নোক্লিংবা য়াম্না লৈ।" শাজৌ নহাগী মীনোক্কা লোয়ননা হায়।

" ইস,নঙগীসু লৈনা অদুবুদি। ঐনা করি তৌখ্রবগে হায়য়ু হায়য়ু।"

" হায়গেদো?"

" হায়জৌনা,ঐনা করি হেক তৌখ্রদা?"

" লাঞ্জাও মনুংদা ঐখোয় ময়াম তুরেল খোংনুংদা নুঙ পেক্লিঙৈদা উচিৱাগী সনাজাওবীনা ক্কা মতপ অমা ঐঙোন্দা পীরবদা নঙনা শাওখিবদু, নুমিৎ কয়ানিনো চরা হেল্লগা ঐঙোন্দগী থৈরগা লৈখিবদুবু।" শাজৌ পোৎলূম য়াওদবগুম নোক্লম্মী।

" ওন্থোক্লসু পঞ্জনিংখ্রমাল্লে,নিংশিংলক্লরিনিনে অফাওবীদু? ঐনা চরাবু হেল্লমদ্রবদি মতুং ইন্দুনা চৎখিরম্বা শোয়রোই। নুপা হায়বা জাৎসিনা অতোপ্পা নুপীশিংবু অসুক য়াম্না মিতারিবসি করিগীনো? অফাওবীদুনা তা-তোমালদগীসু শেল ফনা য়াম্না লৌথোকপীখ্রে হায়নৈ,নোংমা ইচে ললিতানা খেকথখিবা তায়। অমদা অমুক নপ অমদা অমুক নপ তঞ্জেদা।"

" নপ্পগী কান্নবসু মরৈবনি,মমৈথংদা নপফম চুম্না নপখ্রে। "

" কনাদা?"

" ঠিকা চাউনা তৌরম্বা বাবুধন্দা। উরিপোক চৈরাপ মনিংদা অচৌবা য়ুম অমা শাদুনা মহারানীগুম নুংঙাইনা পানখ্রবনি। অসিনি মীওইবগী পুন্সি।"

" নঙনা চীংনুংদা লেংকোৎ পোলাংগা নৈনহৌরে অসিরা?"

" নয়া নুপানা মাঙহন্দ্রবদি ঐখোয় মখোয়দগী করি তাফম লৈ?"

" পাপীদুবু কদাইদগী নিংশিংলক্লিবনো,পোৎলূমসি শরুক চামদা হেল্লকই। "

য়াম্না ঙম্বা মতেক অমা কাখৎপদা মখোয় অনী স্বর মপী হোল্লি, ব্রারী লেপখি। অতেম্বা লম্বী তাদুনা স্বর খর হন্থরক্লবা মতমদা তুংদা নক্লা ইল্লকপী থাবল্লে নোক্লকই।

" নঙসু য়াম্না পিকচবা অমা লৈখিবনি।"

" করিদা?"

— " হিয়াংথাং লাইরেম্বী খুরুম্বা চৎপগী ব্রাহৌদু।"

" নঙ মদুগী নুপাদুদা লৈজরম্লবসু লূবাক পুদুনা চীং কারম্লোই।"

" চরদা,তানিংদেসে। শাগৈগী ইবুংনি লীশীংলক হায়খ্রবদসু থাজদ্রিনে ।"

" ঐনা ব্রাজখিবা ময়াম লাইনা তশেংনা উবীখিবনি,নঙবু থেংনবদা ঙকখি। অদুবু ব্রারী অমফাওবা শানবগী তাঞ্জা ফংদবনা য়াম্নসু খোয়চাকখি।"

" ঐদিনা?"

" হায়বদি অসিনিদা,নঙ লাইরেম্বী খুরুম্বা চৎকদৌরিব্রা হায়বা খঙনিংবনা অমদি হৌনিংবনা তা-তোমাল ঐখোয় অনী নঙগা অমুক্তং উনবা ঙম্নবা কন্না হোৎনৈ। ঐখোয়না হোৎনখিবা ময়ামগী অব্রাবদু লীবদা লোইররোই। নোংমদি নখোয় খুলগী পাখং খরনা লৌবুক্কী লম্বীদা থৎলগা ঐখোয় অনীবু শগোল মথক্তগী চিংথগে তৌই। অহল খর চেনশিল্লক্লুনা খামদোক্লুরমদ্রবদি থীনা শোক্লরম্বসু য়াই। নসুং লাংগীদমক থব্রাই য়োল্লগা লাকখিবনি, ইবেম্মা।"

" ঐদি খক য়োল্লকখিদবা? শাগৈ-নাতৈ,মরী-মতা পৎ তৎনরে।"

শাজৌ থাবল্লেগী ব্রাদু ইতা তাদবগুম নোক্লি," ইথা থাজদনা ঐনা

নঙবু মীয়াম মরক্তগী থোরকপা উবদা ঙকখিবদু,হেরা ঙাওখিবনিদা।"

" নম্বুল তুরেল মপান্দা নঙনা তুমিন ফমদুনা লৈরম্বদা ঐদি শক মান্নবা ওইরবোই নিংলুরবনি।"

" অদুগা নুপাদুগা লোয়ননা নঙনা করিমত্তা হায়রমদনা হেক্নে দাক্তুনা চৎখিবদা ঐনা চাকহৌবদু,লাঞ্জাও মতমগী মৈ কন্নবা ইঞ্জিন্দুনা মুথৎপদসু ঙমগদবা মান্দে।"

অচিকপা চীংনুংগী উমংদা মতৈ-মনাওনা নোকপগী খোঞ্জেন্দা নোংগৌবী অনী খংদুনা লৈনা লৈনা পাইরি। ফিজিনা হুমাং তৈথোক্লগা মখোয় ঙাইহাক তুমিন তুমিন চৎনৈ। উযূঙ পাম্বী মরক্তা লিৎতুনা চৎপা লম্বীনা লোইরবদি লম তঙ্খাই চল্লে হায়না পানরি। থাবল্লে তুংগী পুন্সিদা লাল্লক্লে।

" হন্দক মরক পানা মনা য়াম্মা তাঙহৌই,লৈবীদা অমুক চৎলুসিরা ?"

" ঙাইখো, মদু লাইবক্কী ৱানি,খোঙফম অমা তোরা তুনা মাঙখিবদু কাউরব্রা?"

" মদুদা লাইবক য়েংহৌবা নত্তনা নঙনা খোংয়োন ইবুংগী ষন অমা লৈগনি হায়রিবসিবু ঙমগদৌরিব্রা ?"

" মথং খোঙচৎকী মতুংদা য়েংসি।"

" মথংদি ইবুং য়ামহেমগী কোনচাক হায়বদু লৌদবা য়ারোইদৌরি। ইতাবু তম্পাক্তা লায়েংবা চৎপদা পুনবনি চিলহৌরিবা শেলদু। পোৎতু লৌদবা য়ারোই কন্না হায়রকপনি।"

" মহাক্কী অচিনবা য়েংলবদি লৌনিংঙি,অদুবু ঐখোয়দা করি কান্নগদৌরি হায়বসু খন্নদবা য়াদে।"

" মাঙফমদি থোক্তে,য়াম্মা তোংবা তোংদবনা ৱাফম অমনি। মখোয়গীসু খর য়েংলসি। অদুবু ঐনা খঙনিংলিবদি অনাবা ইতাদুবু করম্মা পুগদৌরিবনো?"

" কাইরাং শারগা নুপা মরিনা পুগদবনি হায়বদাইনে।"

" নুমিৎ মরিনিগী খোঙ লম্বীসিদা?"

" শিনিংবা কনাসু লৈতবনা হোৎনবদা মতাবা।"

" ইতাগী পুন্সি কলহন্নিংঙি,অসুক ফজবা শকপু। লৌশিংগা-লৌমানগা,লৈমা-রানী ওইবদা মতিক চাবীনি। চীংনুংগী লৈরাং ওইদুনা থাগৎপীনবা লৈতবসি পাম্মুখ্রেদা।"

" ইতাওগী ব্রারীদা নতাবু পোকপী মমাদু কল্লক চাউবা অব্রা ফম্লাইবা অমগী খূৎতগী নান্থোক্লবা হোৎনবদা মহাক্কী নুপাদুনা চীংনুং-উমং কয়াদা অরোনবা খুল মথং মথং শেমদুনা লোৎলকপনা মোলতুক য়ৌরকখিবনি হায় ।"

" অদুদি মথংসিদি ঐখোয় শেল ঙাক্তা পুরগা লাকপা তারে।"

" ব্রোমকুগী নতানা করি করি ফিনো তপ্লকপদাইনে?"

" হোয়নহে, অদুদি লৈখিদবা য়ারোই।"

থাপ্ল থাপ্লবা চীংগী খুলশিংদা পাঙ্গলনা পুবা পোৎ লল্লোনবদা শাজৌগী খূৎতা লূপা চনীদি তুঙলরে। হৌজিক মহাক ষন পাবোৎ অমত্তং লৈরগা লৌগী থবক শুরগে পান্দম থল্লি। মথং খোঙচৎতি হায়নখিবা মতুং ইন্না মোলতুক খোংজাই খুল পাংলকই। য়ামহেমগী যূম চঙলুবদা মহাক্কী নুপী মশা হেন্না শোন্থরম্লে। মখোঙ থাংদুনা চৎপদা য়াম্লা ব্রানা থোক্লে। য়ামহেম্লা মহাকপু তম্পাক্কী অফবা ডাক্তর অমদা পুরগা অমুক্তং লায়েংগে খল্লকপা কুইরবনি,শেলগী উপায় থিবদা পামুনা থমজবা ময়াং পোৎনেক্কী মতমদা বর্মাগা তাইনবা অব্রাংবা চীং লম্বীদগী খুল্লকপা পুখম তেঙ্গোৎনচিংবা কোল খরগা জপানিজশিংনা লাঞ্জাওগী মতমদা হুন্দোক্লম্বদগী লৌশিলহৌবা পিথ্রাইগী পোৎ খরগা পূনশিন্নবদা মন অমদি ফাগদবা কোনচাক লৌবীদবা য়ারোই হায়না শাজৌদা কন্না তক্লে। লূপা হুম্ফু পীবদা য়ানদুনা কোনচাক লৌনরে। হান্না তৌখিবা কারবার নত্তবনিনা মখোয় অনী শেন্দোংগী আশা তৌরুবদি ঙমদ্রি।

পোৎ লূম্বগী চাংদা হায়ফেৎ মান্নরা পুরগা মতৈ-মনাও শাংলবা চীংজাউ লম্বীদা হল্লকখি। খোইবী চীং লাল্লকপা মতমদা থাবল্লেনা হায়, " কদাই কদাইদগী ফংলুরিবনো,থাজদনা ইবুং য়ামহেম্লা ফজবা পুখম তেঙ্গোৎ ময়াম থল্লল্লি। কোনচাক্তা চিংলগা য়োম্থোরকপসি পাম্মুখ্রেদা, মহাক্কীদমক য়াম্লা মাঙজবনি।"

" তম্মীনা থাঙ লোইবা,চীংমীনা কোল লোইবা হায়নবদাইনে।

শিজিন্নফম য়েংলগা পোৎকী মমল লেপ্পবনিদো।"

" কোনচাক মরকসিদা অঙৌবা মচুগী গনেশ মূর্তি অমা য়াওবনি,সের অনী মখায়রোম লূপ্লমগনি,পিথ্রাইরা নৎত্রগা মিসিরা হায়বসু য়েংখিদে।"

" খঙদে,ঐসু মুন্না য়েংখিদে,অদুবু মিসিদি ওইরম্লোই,ইতাওনা মীনম্লোই।"

" ইবুংনা হায়খিবদি,ওইনিংবা ওইজরসনু,মদু পোৎহাপ্পি।"

মোলতুক্তগী খোঙশাল্লকপা মরিনিশুবা নুমিৎকী নুমিদাংৱাইদা শাজৌগা থাবল্লেগা য়ূমদা থুংলৈ। নোংঙানবা অয়ূক্তা কোনচাক খোম্বীশিং লাক্তুনা মখোয়গী পোৎ য়েংলম্মী। মাঙ্গোন্দা ইচাই চাইখাইরিবা কোনচাকশিংগী মরক্তা য়াওরিবা কায়দ্রিবা পুখম,তেঙ্গোৎ,খুজাইনচিংবা মচু তাবা পোৎ পূম্নমক লৈকাই মৌশিংনা মপা মপা কনশিন্নে,পোৎ অমমমগী ওইনা মমল ঙাঙনৈ। মমাগী তুং ইল্লকপা অঙাং অমনা গনেশ মূর্তি পায়শিনখিবদগী থাদোকউ হায়বা য়াদ্রে। মমানা মুল্লগা মূর্তি কোনচাক লৌবীশিংদা পীনবা হোৎনবদা অঙাং থরো থরো ওন্দুনা কপ্লম্মী। মতৌদু উবদা থাবল্লেনা হায়," মুনবীরুবনু,পায়জখিসনুদা,কোন্না থেল্লগা লৌবা য়ারগা য়ারে,য়াদ্রগা মাগী শান্নপোৎ ওইজরসনু।"

"ইনে পুখমগা তেঙ্গোৎকসি ঐনা লৌজরে।" মূর্তি চেৎনা পায়রিবা অঙাং মমানা হায়," মমলদু লাই অসিগা লোয়ননা কোন্না থিঞ্জরল্লগে।"

মৌ নহা মচা পুদুনা চৎখ্রে। পুরকখিবা পোৎশিংগী তঙ্খাই অমদি অফবা শিজিন্নবা য়ারিবা কোল ওইনা য়োনখি। কোনচাক্কী শরুক্তনা লূপা য়াঙ্খ্রে শিংলম্মী। পূন্না পাশিনবদা খোঙচৎ অদুদা মখোয়গী শেন্দোং লূপা চামা ফংলম্মী। অদুক য়াম্বা শেন্দোংবু থাজবা ঙমদবনা মখোয় অনী হন্না হন্না পানৈ।

লৈকাইগী মৌ অদুনা শিন্নরম্বা গনেশ মূর্তি শাজৌনা অমুক য়োনগে খনখিদ্রে,সনামহী কাচিন্দা চেকশিন্না থম্লম্মী। শেন্দোংনা অৱাবা কাউরবনি,মতম কুইনদগী ষন পাবোৎ অমত্তং লৈজনিংবা মঙলানগী ওইথোকপা খঙহৌদনা থুংলরবদা মহাক মথন্তগী ওইবা খোঙচৎ অমগীদমকসু লেপখ্রে।

" থাবল্লে, ঐনা হল্লক্ত্রি ফাওবা নঙ নচানুপীগীদা মতম খরা লৈরম্মু, কুইগদবা নত্তে, নুমিৎ মঙা-তরুক্লিগী ৱানি। অচিকপা য়ূমসিদা নথন্তা লৈরম্বা নুংঙাইরোই। ঙসিদগী চৎলো, হয়েংদি লমখাইনবা থোক্কনি।"

" অদুক লাপ্পা মফমদগী ষন্দুবু নথন্তা পুরকপা ঙমগদ্রনে?" থাবল্লে খোংয়োন্দগী ষন লৈবগী ৱাফম কাউদে।

" তঙাই ফদ্রবদি মী নেক্লগা লাকমিন্নবা তারে।"

" শল্লাক মতম হেল্লে হায়বদুনা করম তৌবা? মী উবা য়াদে, তাল্লিসু হায়নহৌবনি।"

" কাওগনবা শগোল মশা খিংঙি, তোংবা নুংঙাই। ৱাইগনবা ষন্দু মখোঙ চৎলমগদবনি।"

" নঙগী ওইফাৎত্রিঙৈদগী থাগৎপা হেক হৌইকো।" থাবল্লে ইশি শিনা নোকই।

শাজৌ শেল খর পুরগা খোংয়োন তম্লক্লে। খোংয়োন মতাওগীদা থুংবগা ষনগী মওং-মতৌ তাকহল্লম্মী।

ষনবুনা হায়, " ইতাও, ষন্দু য়েনমান মচুনি, য়া তরুক্কী লেংনি। লুগা ফজবনি, মমৈ চমোর ঙৌই। মচী অনী অয়িৎপগুম ফজে।"

" ইতাও, মশক খঙবা মী অমগা লোয়ননিংখ্রেদা। ইথন্তা থিরুগদবসি .....।"

" য়ারোই, চীংমী উবা য়াদে হায়বদা ইতাওনা থাজদ্রে।"

" করম্বা মফমদা লৈগনবগে?"

" চকপী খোঙবান্দা ঐগা অনীরক থেংনখ্রে। ঐগী নোংমৈ উবদা মা নারক্তা লোৎখি। নোংমৈ য়াওরমদ্রবদি মানা ঐবু লেম্না থাবগী ৱা লৈতে।"

" মানা অসুক য়াম্না শাথীরিবসিবু করিগীনো? লাই তোংবকা হায়বদুরো, মী উবা য়াদ্রিবসি?"

" নত্তেদা, ঐখোয়না কিহনখিবনি।"

" করম্না?"

" মদুগী ৱারী লৈ। মানা খোম খাইরমদাই য়ৌরকপদা ঐগী য়ূম খুল মীয়াম্না শাবীখি। ময়াম চাকখাংনবা মপী অদু হাৎপা তারে। ষঞাওথা

ওইবনা শঙ্গোন্দা কারক্তবা কুইখ্রবনি। কন্না থিরুবদা তম্পাকলৌ মচি অমদা মচা খোম পীথক্তুনা লৈরম্লে। তাঞ্জা নাম্থোকহনখিবা য়াদ্রবনি। উগী মরুম অমদগী ঐনা নোংমৈ কাপখি। ষনবীগী মপুক্তগী হাথরকপা ঈনা ষন্নাওগী মকোক তূম্লে। থক থক নিক্লগা অমুক্তং হৌনা খোংলম্বা ষনবী তুখি। ষন্নাওনা মপীগী অকোয়বদা মো-মো খোংদুনা ঙাইহাক উরু উরু লৈনা চেল্লম্মী। ঐবু উবদা মা অকি অখংগা লোয়ননা চীংথক্তা চেনখৎখি । নুমিৎ অদুদগী মাগী মশক কনাননসু উখিদ্রবা চহী অনীগী তুংদা নোংমা ইচা নুপানা চকপী তুরেল মপান্দা থেংনরুই। তমথীবা মতৌ উৎতুনা ব্রাইগে তাল্লকপদা ইচা নুপা উ কাদুনা খাঙলম্মী,নৎলমদ্রবদি মানা হাৎলম্বসু য়াই। হৌজ কয়াদা খুলগী মীশিং খুদোং থীবা নংপ্রে। মরম অদুনা মাবু কৈদগী হেন্না কিনখ্রবনি। অদুম্নদি ওইরগা,ইতাও,নুংঙাইবা ব্রাফম অমদি লৈ,মৈতৈ লংফৈ চৎপশিংগা থেংনবদদি করিসু তৌরক্তে হায়।”

শাজৌ মতাওগী ব্রারী নুংঙাইনা তারম্মী। তমথীনা লৌবীরবা ষন অদুগী লাইবক্তা মখূৎনা অমুক্তং নান্নিংবনা লৈফম খঙলক্তুবগুম ফুক হৌগৎলি।

“ ফরে ইতাও,করিগুম্বা ঐনা ফাবা ঙল্লবদি মমলদি কয়া লৌগদৌরি?”

“ ইতাওনা খল্লগা খর হেক থল্লম্লো,নঙোন্দা ঐনা লেম্মা পীবসু ঙমদে।”

“ লূপা য়াঙ্খে পুরকই ইতাও।”

“ য়াম্মল্লে।”

“ থৌরী অমখক্তদি পীয়ু।” শাজৌ থৌরাঙ হৌই,“ ঐনা অসিদা অমুক হল্লক্রুবদি ষন পুদুনা চৎখ্রে খঙনসি। ষন পুবা ঙমদ্রবদি শেল লৌবা লাক্কনি।”

“ শেল হন্দোক্কনি,ইতাওনা মাঙবা য়াব্রা?অদুবু মায় পাক্লবা হোৎনৌ।”

শাজৌ ফজনা কোনশিল্লবা থৌরী লীশাং অমা মখূৎনা পায়রগা নমদা চেঙজেন পোদুনা চকপী খোঙবান তম্লক্লম্মী। অশোংবা উরক নারক্তা শজিক চারম্বা ষল্লুপশিংগী মরক্তা য়েনমান লাবা অমত্তা উদে। অতোপ্পা

ষল্লুপ খরসু থেংনৈ, মহাক্না থিরকপা ষন্দি য়াওদ্রে। মহাক ঙাইহাক উরুম অমদা ফম্লগা ব্রাখল তৌই,তুংদা শীংনরক্কদবা ষন্নাওসি শল্লুপ পুবনা হাৎতোকপা নৎত্রগা তান্থোক্তুনা নাইতোম তাহনবসি ইরোইশিংনা তৌগল্লি ; ষনসু শানি তৌরম্বা য়াই। শাজৌ নীংহন্নদে,অমুক হৌগৎতুনা অশোংবা নারক্কা থিবা হৌরম্মী।

নুমিৎ য়ুংবা মতুংদা শাজৌনা চীংখোঙ অমদা মথন্তা নাইতোম শজিক চারম্বা ষন য়েনমান লাবা অমা থেংনরে। মহাক্কী ব্রাখলনা শারুবগা ষন্না চাউরিবা চাংগা খর খেন্নরবসু মতাওনা তাক্লক্পা মচু-মমেন, শাওং-শাদা চানরে । ষন্না মঙক থাঙ্গৎতুনা শাজৌদা শংত্রিক য়েংলকই, খোঙফম লেঙদে। মহাক পোৎয়োম থাদুনা থুম খূবাম অমা লৌথোক্লম্মী। থুম ষন্দা উৎলগা মহাক অপনবা লৈতনা চঙশিল্লি,ষনসু লেঙদে। মহাক্কী খূৎনা মনাতোন ময়া নকশিল্লকপগা ষন মরৈনা থুম লেকখ্রে। শাজৌ থম্মোয়নুংদা নোকচৈ,মখূৎ নামনা ষনগী লাইবক্তা য়াম্না নুংশিনা নানবীরম্মী। অতোপ্পা থুম খূবাম অমা লৌথোক্লগা খঙ্গা মনাদা হাপ্পুনা ষনগী মমাঙদা থল্লগা পীজৈ,লোয়ননা ইনা শেম্বা শতু পায়দুনা মশাপূম্বা তকপী নানবীরম্মী। মঙক্তা থৌরী থুবা য়ারবদা শাজৌ নম্বো পোখৎতুনা ষন চিংবা হৌরে। অহানবদা য়ানিংদনা খর খাঙলল্লবসু তুংদদি মনিঙাই মশোল অমত্তা য়াওদনা য়েনমান ইল্লক্লে। মতম চঙবা অমদি ব্রাগদবা খল্লুদনা চীংমীশিংনা চৎপা লম্বীদগী থৈ থৈদুনা অৱাংবা চীংয়াঙ লম্বীদা শাজৌনা ষন চিংদুনা লাক্লম্মী।

য়ূমদগী থোকখিবা মঙানিশুবা নুমিৎতা শাজৌ ষন পুদুনা থুংলরে তাবদা থাবল্লে হরাওনা চেল্লকখি,খুদক্তা ইঙ্খোল অকোয়বদগী শজিক ফাল্লি। লৈকাইগী মীশিংনা মখোয়গী য়েনমান কুমহৈগুম য়েংনৈ।

নোংমা দলালীদা লময়ৌবা নুপা অমা লাক্লুনা শাজৌগী য়েনমান মুন্না য়েংলগা থৱায় য়াওনা হায়," শাজৌ,নঙগী ষনসিগী চপচাবা লম্বা অমা লৈরে।

" ঐ পাবোৎ চাগদবা অমত্তং থিসিরা খল্লিবনি। " শাজৌসু থৱায় য়াওশিল্লি।

" লৈরে লৈরে,ওম্থোক্লা জোরা চারগদবা। অনীসি হেক পাবোৎ

শাবদা ভারত্তদি খণ্ডদে,মণিপুরদদি মখোয়গুম্বা লৈররোই।"

" করি লমদা লৈবনো,মমন্দি কয়া হায়রি ?"

" ঈথাইদা লৈ,মপুদুসু মপা থিবা হোৎনরি। যোল্লু হায়ববু য়ারক্কদ্রা,কয়াদি থাজদে। নওগীসি মঙোন্দা পীথোকখ্রসিদো।"

" কদাইদৈ ৱানোদা।"

" অদুদি মহাক্কীদু লৌশিন্নবা হোৎনরসি।"

" মমলবু?"

" নওগীসি কয়াদা য়োন্নিংঙি,খল্লো।"

শাজৌ খুমদে।

" ষন্দু ঐখোয় পুখৎলক্লগে," নুপা অদুনা শাজৌগী পুক্নিং ফারগা হায়," মমলদি য়াননবা লেপ্পরসি।"

ষন পুখৎলকপা ঙাইদুনা শাজৌ চৎথোক্তে,হৌজিক্তি য়ূম থাদোকপা য়াদবা মতাংসু ওইরে। চয়োল অমগী তুংদা দলালশিংনা ঈথাইদগী ষন পুখৎলক্লে। পাবোৎ চায়,তৌবতবু শাজৌগী ষন্না রাশি হেল্লি। মমল য়াম্না হুন্নববা তুংদা লূপা চামা য়াঙ্খ্রেদা ঈথাইগী ষন লৈরে। ষন য়েনমান লৌ খোইবা অমদি গাড়ী চিংবা য়ানবা লাকপদা মতম চঙখিদে। ষন পাবোৎ মাঙদা হোইরগা চৎপদা মহাক অৱা-অনা কাউখ্রবগুম উই।

ষন অনী থাকপদা শাজৌ ময়াঙ য়াম্না কংলে। থাবল্লৈনসু ফনা য়াম্না পাংবনি। অহিংগী শরুক অয়াম্বা শঙ্গোল-শফমদা লেনবা,শজিক ফানবা, কাঙমৈ খুবা অমদি ষন্থী-ষনয়ুং শেংদোকপা অমোৎপা থবক ময়াম অসিনা মহাক্কী হকচাং ময়েং তানবগী মবম্নি। চহীদুদা মহাজনগী লৌ পরী অনী শান্দুনা মহাক লৌউবগী থবক অমুক হৌরে। শেন্দোন তপ্পা তপ্পা শিংদোকপা ঙম্লগনি হায়বা থাবল্লৈদা থাজবা লাক্লে।

চিংজিন য়ৌরকপদা শাজৌনা মহাক্কী ষন পাবোৎপু নোংমদা শজিক পোৎ মরিদগী তাদনা পীজৈ। শজিক ফানবা মহাক্কী অচৌবা থবক্নি। শঙ্গোন্দগী মরক মরক্তা লীশাং থানবা ষন অনী কাঙজেবুংদা পুথোরকপদা মীয়াম্না থোক্লুনা য়েংনৈ। য়েনমান্না মচী ফেঙদুনা লৈবদা মনাক নকশিল্লকপা ঙম্বা ষন অমত্তা য়াওদে। চাংয়েংনবা চঙলকখিবা শল্লুপ পুবা ষঞ্জাও কয়া য়েনমান্না অমুক্তং থেংবদা হনখিবা ঙাক্তনি।

পোইনু ষঞ্জাও থানরক্লবা মতমদা নোংমা খুনু তুনবদা মমিং লৈবা নুপা অমা য়েনমান য়েংবা লাকই,ৱারী তৌরে।

" মরুপ,ৱাইনবদা মীয়াম্না মশক খঙনরবা ষন অঙাংবা অমা লৈ, য়েনমানসিগী লেংনি,য়ারোই মতম্নি। ঈকোপ অমসুং খরুংপাৎতা তাবা শল্লুপশিংগী মরক্তগী মঙোন্দা মঙক হাইগৎলুবা ঙস্না য়াওদ্রে। মচীদি ফাক্তক তৌই। হন্দক্তা ময়াং ইম্ফালদা ৱাইনবদা শেল য়াম্না ফংখ্রবনি। শামুরৌ মতলিফকী উহিবা হায়না মমিং চৎলবা ষঞ্জাও অদুবুসু মানা ঙমখ্রে। হৌজিক মথং ৱাইননবা লম্বা শিন্নরি। য়েনমানসিগা অমুক্তং চাংয়েংনহন্নিংখ্রেদা।"

" মরুপ,ঐগীসিদি অদুম্না ৱাইননবা পুথোক্লুবসু লৈত্রি,ইশানসু কয়া পামজদেদা। ৱাইনবা ষন্না চীখোঙ কোকপা,মদুদা য়াওশিনবা জুৱারগী অমাঙ-অতাগী মৈশা,ঐ পামজদে।"

" মাগী মপাঙ্গল অমদি মহৈ-মশিংদা শেল ফংগদৌরিবনি।" জুৱারীদুনা ষনবুগী পুক্লিং চিংশিন্নবা হোৎনৈ।

" মীগীনা ঙমদুনা মাঙলবদি?" শাজৌ হৈনদনা নোকই," মদুদগী ফংলকপা শেল পামজদবগী মথক্তা থানবসু লৈজদে।"

" অদুম হায়না খনবা মীশিংনা জুৱার শান্নগদ্রা? ঙাইখো,মরুপ্না শেল পুথোক্কদবা নত্তে,শুপ্নতগী হোয় হায়বা ৱাহৈ অদুতনি কাঙবু অমনা ঙাইনরিবা।"

" ঐ অমুক্তং খঞ্জখিগে।"

দলাল নুপা চৎখ্রবা মতুংদা শাজৌদা ৱাখল অমা লাকই,মহাক্কী ষনগী পাঙ্গল-লিংজেন য়েংনিংলকপনি।

তোয়না অসুম থেংলবদগী ষন ৱাইনহনবগী ৱাফম শাজৌনা য়াথোকখ্রে। অদুবু লৌশিং অমদি নপখি," মরুপখোয়না হায়বদু ঐ য়ারে,তৌবতবু ঐখোয়না মায় পাক্লবদি থানবা শেলফমগী শরুক মরিগী অমদি ঐঙোন্দা পীবীবা তারে। মায়থীবদনা মাঙবা য়াওদ্রবা।"

" ৱাতাসিদি," ময়াম নোকই," শিনফম ওন্নরে,মরুপ নঙ ষন দলাল য়াওবনা ফরগনি।"

ময়াই চেনবশিংনা ৱাইনবগী নুমিৎ লেপ্নদ্রিঙৈ মমাঙদা কৈরক্কী কাঙজেবুংদা ষন অনী অমুক্তং মশক য়েংনহনসি হায়না লেপ্নখি। করম্না

শন্দোকখিবা পাউনো,ষন অনী পুথোক্কদবা নুমিৎতু কৈরক্কী কাঙজৈবুং মীনা থল্লি। ষন অঙাংবা নোংপোকলোমদা পুখৎলকই,য়েনমান্না নোংচুপ পাংলকপনি। লমহাংগী মচি মচিদা থৌরী অনী অনী মঙক্তা থুরবা ষনশিংবু নুপা তরা তরানা ফাদুনা থম্লরি। ষন অনী মশক উনবগা মঙক থাঙ্গৎতুনা খূমাঙ খোৎনৈ,হোৎচিন্নবা লাক্লে। হৌনা হৌনা খোংনৈ — উকধ্রো, উকধ্রো। মচী ফেংনবদা মচি মচিদা কোম তৌনরে। অকোয়বদা য়েংনরিবা মীচং য়াওদবা মীয়াম্না খঙ-হৈবা তান্নে।

"অঙাংবনা ঙমগনি।"

"ঙম্লোইদা, য়েনমান্না ঙমগনি।" অমনা ককখি।

"অদুদি লূপা তরা থানসি।"

"কুন কুন য়েংনসি।" নাকন্দগী অমা য়াওশিল্লকই।

"য়াঙ্খ্রে লৈবে।" অমনসু ওক্লকই।

ষন য়েংনহল্লুরগা হল্লকপদা শাজৌগা লোয়নরকপা মী য়াম্মি। ঙাঙন-শানবা তারগা থাবল্লৈ মথায় ব্রাজৈ।

"ব্রাবগাইগী ষন্দুবু কনাগীনো?" থাবল্লৈ খঙনিংলকপদগী হংলম্মী।

"ষনবুগী মিং তোলহল কৌই।"থব্রায য়াওবা ময়ায়চেনবনা তাক্লকখি।

"য়ুম্নাক্তি খঙবীব্রা?"

"এলাংবম্মি।"

"লৈফমদি?"

"উরোকথোং অমনবগী ময়াদা লৈ।"

"হরে! অদুদি! মাঙলেদনা!" থাবল্লৈ পাখল্লপ মখা তাদে,চপ লেপখি।

"কনানো? মশক খঙবীব্রা?" মী খরনা হংলকই।

"ঐখোয় তাচৌনি,ইবুংনি।" থাবল্লৈ খর হন্দোক্লগা নুংঙাইতনা লুকথৈ।

শাজৌ থাবল্লৈদগী হেন্না মায়থোং লাংশিল্লি। থাবল্লৈগীনা মবুংগা শীংনবা ওইনা থোক্কদৌরিব্রা হায়বসিনি,অদুগা শাজৌগীনা কাঙজৈবুংদা

শক খঙনদবদগী য়েক্লবগুম মবাইনা মঙোন্দা য়েংলকখিবদু নিংশিংলুরগা ইকাইজরকপা। থাংজ নুমিৎতা লেপ্লরকপা ব্রাইনবগী থবক তোক্লবা মহাক্না হৌদোরকপদা ময়াম্না য়াখিদ্রে। শেল থাগে শীংলিবা নুপা অমনা চাউতক হায়রকই," মরুপ, ষনসি ঐখোয়না লৈরগা ব্রাইনহনবনি খনবীরো।"

শাজৌ নান্থোকপা য়াদ্রবনা লাইবক য়েংবদা মতারে। ময়াম্না তাল্লম্বা মতুং ইন্না অয়ুক খুদিং মহাক য়েনমানবু থাউ তৈরগা অচৌবা কাঙজৈবুংগী অকোয়বাদা খুজী পায়দুনা তাল্লগা কন্না চেলহল্লি।

থাংজ নুমিৎতা কৈরক্কী কাঙজৈবুং মীনা ফিঙৌ ফৌখি। অথাপ অথাপ্পা খুঙ্গংশিংদগীসু মশীংথিঙমদ্রে লাকখিবা। ব্রাইনদ্রিঙৈদা নাকল অমমমগী লূপা লীশীং অহুম অহুম খোমজিন্নখ্রে।

ষন য়েনমান নোংচুপ লোমদা খোং খোংদুনা চঙশিনখি, অঙাংবনা নোংপোক্লোমদা। পোইনুগী মেঙলবা নুংশা য়াইদুনা কাঙজৈবুংগী অকোয়বদা ফম্লরিবা মী পূম্নমক মমিৎ কুপ্লদে। ষঞ্জাও অনী কাঙজৈবুং ময়াইমক্তা থেংনখ্রে। মচী খৎনবগী খোঞ্জেল কুংশিল্লকই। চীখৎ হেঞ্জিন্নবা ঙম্লদে। মপাঙ্গল মান্নবনা মখোয় অনী কন্না ইন্নরি হায়বা খঙদে, ব্রাইনবা লেপ্তুনা পোৎথানবগুম উই। ঙাইহাক লৈরগা ফৈনা যূংনা ইন্নরকপা হৌরে। মখোঙ নিপালনা চেল্লকপা উফুল অতিয়াদা লৈনা লৈনা কহাইগৎলকই। মিনিট তরারোম ব্রাইনরক্লবা তুংদদি নাকল অমমমগী শেল লূপা লীশীং মঙা মঙা য়ৌখ্রে। মচি অমদা অথাপ্পা খুঙ্গংদগী হল্লকপা, ময়ূম য়ৌশিল্লুদ্রিবা নুপা অমনা মহাক্কী হম্বর একাগাড়ী অমা থাগে হায়না লাউরি। মিনিট কুনগী মতুংদা য়েনমান চেপ্না শিংখি। শাজৌগী কাঙবু হুমাং তৈথোক্লে। য়েনমান হৈশিংনা হৌগৎলকই, লমন ফজনা খুন্নকখি। অঙাংবা খূমাং কুন্দুনা খাঙলম্মী। পূংখাই অমা চপ চানা ব্রাইনরবা তুংদা অঙাংবা চেল্লে। য়েনমান লাপ্না তান্দে, মশা থক থক নিক্না কাঙজৈবুং ময়াইদা হৌনা হৌনা খোংলম্মী। শাজৌ চেনশিন্দুনা য়েনমানগী মঙক্তা কোনখি।

য়ূম য়ৌরকপগা দলালশিংনা শাজৌগী খূৎতা লূপা লীশীং অমা শিন্নরৈ। অমুক্তা মায়থীরকখিদ্রিবা মবাইনা হন্দকসু য়াম্না থাজনা মরাইবক

য়েংলকখিবা পোন্থাগী শরুক অমনি হায়বা শাজৌনা হান্না তাখ্রবনি, হরাওনা শেল লৌবা ঙমখিদে। শেলফমদু মবাইদা হন্দোক্লনবা মহাক্কী ৱাখলবু থাবল্লেনা থৎলি,নুংঙাইতবা তাম্থোকখিনবা হোৎনরকই।

" ঈশ্বরনা ইনশিন্দুনা ঐগী অউনপোৎ পীহল্লিবনি। "

" অদুম্না খনবা চুল্লোই।" শাজৌ য়ানিংদ্রি।

" জুৱারদা থারকখ্রবনি,অতৈনদি হনবীগদ্রা?"

" ঐগা ইবাইগা পোন্থা চানবা হৌনদে। মচিন মনাও শাগৈ মনুং মরল মথুম, লৈবাক থানবগী থাইনা নিংথৌ মচাশিংগী ৱারীদু ফত্তে তাকপনি। ঐনা কাঙজৈবুংদা তারকখি,থানবা শেলফমগী শরুক অহুমগী অমদি ষনবু ইবাইগীনি,অতৈদি খোঙবানগীনি। লূপা লীশীং অমসি হন্দোকখ্রবদি মহাক্কী অমাঙবদু য়াম্লরোই।"

" মুন্নদি খন্নসি,যূমজাও ময়ূম খুড়া অমুজাওগী শেল শিংদোক্লবা তাঞ্জা লাক্লে খল্লম্লিবনি ঐদি। নাকোং শাবা মচিৎ মচিৎ খরসু লৈরি,লাইথুং মচিৎ লমন মখাক্লি তৌরিবসি। মীগী মরল তোন্দনা হিংবা ঙমবা পুন্সিদুবু ঐখোয়গীদমক্তি খক তম্লম্লরোইদ্রা ?"

শাজৌ লূপা লীশীং অমদগী শিকি অমা কায়থোক্তনা মবাইগীদা মশামক্লা থিল্লুনিংবনি, অদুবু লৌখৎপীখিদবগী ৱাফম নিংশিংলকখি। দলাল অমা থাদুনা লূপা লীশীং অমা পীহল্লুরে। দলাল হল্লকপগা পাউ তল্লে।

" নবাইগী নুপীদুনা শেলদু পায়রগা লংথোরকই।"

"করিগী?"

" হল্লি থোক্লবা,লীশীং অমগীদমক কৈদৌননি হায়।"

" লৌহৌদ্রে? "

" লৌহৌইদা।"

থাবল্লে শাজৌদা চাক্লা য়েংলম্মী।

# ১৬

খুলগী অহল খবনা হায়রম্বদগী নোংমাইজিং নুমিৎকী অয়ুক্তু থোইবা পুন্সিগী অহানবা ওইনা চর্চতা লাকখি। হুইনিং খুলগী অৱাং থংবা শরুক্তা মতাই ওইরপ মতমগী অনৌবা মওংদা শাবা চর্চ ওখাক চাউই। থোইবানা চর্চতা লাককিবগী মরম ধর্মগা থোইদোকপা মরী লৈনদ্রবসু খৃষ্টিয়ানশিংনা মফম অদুদা পাঙথোক্লিবা লাইনিং-লাইশোলগী মওং অদুবুদি খঙনিং-য়েংনিংবগী ৱাখল অমা মঙোন্দা লোইনরক্লি। চর্চ মনুংদা নুপা,নুপী,অঙাং পূন্না মী চনীবোম তিল্লম্লে। থোইবানা নুপাশিংগী মায়কৈদা অহাঙবা মফম য়েংদুনা ফমথবগা কোয়র সিততা থা মচেৎ শানা লৈতেংলিবী লৈশাবীগী কাঙলুপ অনীগা মায়োক্লরুই। অমনা অতোংতাং — মথক লৈকাই,অদুগা অতোপ্পদুনা অলোংতাং — মখা লৈকাইগীনি। অঙাংবা ফিনা মকোক কুপ্লিবী কুচু পানবী নিংথিবী মায়থোংশিংদু যেংবদা লাইরেম্বী পরেং ফম্বগুম্মি । মখোয়গী মরক্তা শকফম য়েংলগা জাতি কাঙলুপ হায়বদা লুরবা শকহেনবী অমা য়াওরি,মমিং মোসোফি কৌই হায়বা মহাক্লা খুলসিদা থুংলবা নুমিৎ অদুমক্তা পাখং অমনা তাকখ্রে। থোইবানা মঙোন্দা য়েংলুবা খুদিংদা মিৎচানবগুম থোকপসি নুমিৎসিনা অহানবা নত্তে, অদুবু মফম মতম্না মহাক্কী মিৎয়েং থংলি। কোয়র লৈশাবীশিং হরাও তয়াম্না ঈশৈ শক্লি — ‘ হলে লুয়া, খৃষ্টনা জয় ওইরে। ’ ঈশৈ লোইশিল্লকপগা পাস্তর মথক্কী ফম্বাক্তা কাখৎখি, অদুগা হৌনা কৌরকই,“ ওজা থোইবা,অসোমদা অমুক্তা লেঙখৎপীরকউ ।”

থোইবা ইকাই ইকাইনা ফম্বাক্তা কাখৎতুনা কোয়র লৈশাবীশিংগী মাঙমক্তা পাস্তরগী ওইদা লেপ্লুই। পাস্তরনা মীয়ামদা শক তাক্লম্মী।

" ময়াম পূম্নমক,ঐগী নাকন্দা লেপ্লিবা নুপাসিগী মমিং থোইবা কৌই,তম্পাক্তগীনি। খুলসিগী ওজা ওইনবা মহাকপু অহলশিংনা কৌরুবনি,মহাক লাকখিবা থা অমরোম ফারে। ওজা থোইবা লাইরিক য়াম্না হৈ। মহাক্না ঐখোয়গী স্কুলগী হেদমাস্তর ওইনা লৈগনি। স্কুল অসি কুমসিদগী এমঃ ইঃ স্কুলগী থাক ফাওবা পুখৎনবা থৌরাঙ লৈখ্রে। মবম অদুনা মমা-মপা ওইবশিংনা অথাপ্পা স্কুলশিংদা অঙাং থাবা তোকপীরো, খুলগী স্কুলসিদা থেংথবা তৌদনা মিং চনশিন্নবীরো। ৱাফমসি স্কুল শেমগৎপীরিবা অহলশিংগী মায়কৈদগী লাউথোকচবনি।"

থোইবা মখূৎ লোন্নদুনা ময়ামদা মকোক নোল্লি, পাস্তর থোইবাদা ওনশিল্লকই, " ওজা,লোইজরে।"

থোইবা মহাক্কী ফমফমদা লাক্লম্মী। পাস্তর তপ্না সবমোন হৌরকই। মহাক্না থৱায় য়াওনা ঙাঙখিবা মতাংদু লুহোংদ্রিবা নুপা নুপীশিংনা মতৈ-মনাও ওইবগী মরী থম্বদা ঈশ্বরগী অখাবা মিৎয়েং লৈ,পাপনি হায়বসিদনি। য়াম্না হৈ-শিংনা বাইবলগী ৱা শন্দোক্না তাক্কুনা মীয়াম্ব মমুৎ তানা খঙহন্নবা হোৎনখিবনি। অসিগুম্বা খৃষ্টিয়ানশিংগী অফোংবা অর্মদি অফবা পাউতাক্তা থোইবা অপেনবা পোকই। পাস্তরগী সরমোন লোইশিল্লকপগা কোয়র ইশৈ শক্কুনা ময়াম কায়নবদা মহাকসু মপান থোরক্লে।

চর্চতগী খর লাপথোক্না নোংপোকথংবা চীংমায়দা শাবা স্কুলগী লম্পাক্তা থোইবা লেপ্লম্মী। স্কুল ময়া নক্না লৈবা শঙদু মহাক্কী লৈফম্নি। মফম অদুদা ছাত্র নুপা মচা অনীগা মহাক্না লৈমিন্নে। থা অমরোমসি মহাক্না মৈতৈলোল কন্না তম্বীবদগী অঙাং অনীদু ফনা নীংথীনা ঙাঙবা ঙম্লে। অঙাং অমা থোরক্কুনা থোইবাগী নাক্তা লেপ্লে। মখোয় অনী চর্চতগী কায়নরকপা মীয়াম্না ময়ূম ময়ূমদা হন্নবা য়েংলি। অঙাং ৱাফম অমা হায়নিংদুনা লাকখিবনি।

" ওজা,হংচিৎতি ঐখোয়গী মংখপ ফনিতনি।"

" মংখপ ফনিত হায়বদি করিনো?"থোইবা ৱাহৈদু মমাঙদা

তাখিদ্রি।

" কুমহৈনি, লৌদা মরু-মরাং থাবা হৌবদা পাঙথোক্লবা কুমহৈনি।"

" করম্না পাঙথোকই? "

" মখল মখলনি, চাবা-থকপা, জগোই-ইশৈ। কাঙলুপ অনী থোক্কনি, অমনা লাইনিংদবা — ননখৃষ্টিয়ানশিংগী, অদুগা অতোপ্পদুনা খৃষ্টিয়ান চৎপশিংগী। নন-খৃষ্টিয়ান হনু-হনাশিংনা নুমিৎ চুপ্পা য়ু থক্লগা ইশৈ শক্কনি, জগোই শাগনি। মখোয়দি অচৌবা য়ুম অমগী মনুংদা পাঙথোকই। খৃষ্টিয়ানশিংনা ঐখোয়গী স্কুল লম্পাকসিদা কুমহৈ তৌই, অয়ুক্তা পূন্না চাক চামিন্নরগা অহিংচুপ্পা সোসিয়েল গেদরিং তৌই।"

" এঞ্জাংদি করি কবি চানৈ?"

" শা মখল মখল। শা-য়েন চাদবশিংগী ঙা তোঙান্না থোংগদবনি, কুমহৈসিগীদমক ঐখোয় খুলগী নুপাশিং কাঙলুপ অনী থোক্লা শাদানবা চৎনৈ — অহল্লোল অমদি নহাবোল। কাঙলুপ অনীমক্লা ফারকপা শা পূন্নমক থোংলগা পূন্না চামিন্নগনি।"

" সোসিয়েল গেদবিংদদি করি করি তৌই?"

" জগোই-ইশৈ, ফাগিনচিংবা, শুরে, মানা মানা হৈবা।"

" য়াম্না নুংঙাইবা জাৎনিনে।"

" নুংঙাইবনি, ওজাসু য়াওগদবনি।"

" এঃ ঐবু?"

" ওজা য়াওদবা য়ারোই।

চীংগী তোঙান তোঙানবা খুলশিংগী চৎনবীশিংগী মরমদা খল্লিঙৈদা থোইবা মনাক্তা খুল্লাকপা য়ৌশিল্লকখিবা খঙহৌদে। কুচু পানবা, মরেপ ব্রাংবা, লেংজুম ফনবা অহলদু মহাক্কী নাক্তা লেপ্লে।

" ওজা, হংচিৎতি স্কুল ছুটি থাবীরো, খুলগী কুমহৈ লম্পাক্তা তৌগদৌরি। অদুগা মযাম চাক চাবদা ওজাসু য়াওবীয়ু হায়জবা লাকপনি। ওজাগীদি ঙা থোংগনি।"

" ফনি ইপা," থোইবানা হায়, " ঐ শোয়দনা য়াওজগে, কুমহৈদু য়েংনিংঙি।"

শোয়দনবা অমুক হন্না ওনশিল্লন্নগা খুল্লাকপা চৎখ্রে।

মথং নুমিৎকী নুমিদাংৱাইদা তোলোইগা তাইনবা ফরফং চীংজাউদা শাদাল্লুবা অহল খূৎ লাউ-খোংদুনা থুংলরে। মখোয়না লমওক অহুম শজি অনী পুরকই। মতম ইকান কান্নদনা লুংবী-লুংহৱ মায়কৈদগী নহারোলশিংসু নিল খোংদুনা হায়গৎলকখি। মখোয়না শজি অমগা শবেং অমগা ফারকই। মাঙজৌনবা থৌরাঙদা থম্নবা শন্দং অমগা পূনশিল্লবদি মরাং কায়রগনি খন্নদুনা খুঞ্জা পূম্নমক হরাওবা হৌনরে।

মথং অয়ুক্তা কুমহৈ হৌরে, থক্ল-চানবা লাঙনবদুনি। স্কুল লম্পাক্তা পরেং পরেং চাকলুক শেমদুনা মীয়াম চানবদা থোইবাসু য়াওই। মহাক্কী মাঙদা খনগৎলবা নুপা মরি শা য়াম্না চাবা ঙস্বা তান্নরি, মদুগী মনা লৈ।

য়াচংবা মতমদগী লম্পাক্তা কোয়না য়ুংবা চুপশিংগী মতোন্দা উচান মৈরা থানবা হৌরে। ময়াইদা য়ানবা পেত্রোমেক্সকী মঙালনা অথাপ্পা চীংমায়গী  উচান মরক ফাওনা ঙাল্লুরি। ঙাইহাক্কী তুংদা মফমদু মীয়াম পৈরে। লৈশাবী পাখংশিংনা মমাঙ পরেং অকোয়বদা ফম্নে,মথংদা মৌ নুপীশিং,অদুগা নুপাশিংনা তুংদা লেপ্লন্মী। থোইবাবু পাখংশিংনা চিংশিন্দুনা মাঙগী পরেংদা ফমহনখ্রে।

খর হেন্না মী মপূং ফাবা ঙাইবা ওইনা অহানবদা লৈশাবী পাখংশিংনা ইশৈ শক্লন্মী। থৌরম শীনবা থোরক্কুনা নুপী জগোইনা হানগনি লাউথোরকপগা ইশৈ হোংখি, জগোইগী তাল চানা শক্লকপনি। অৱাংবী লৈশাবী অমা থোরক্কুনা জগোই শাই,মপাং ওইনবা মখূৎমক্লা পাখং অমা চিংথোক্লগা শামিন্নে। অসুম অমগী মথংদা অমা হৌগৎনরকপনা মোসোফিগী পালি লাক্লে। কনা পাখং চিংখৎকদৌরিবনো হায়না মুন্না য়েংলিবা থোইবাগী মখুৎ তাপ পায়রুরে। থোইবা ইখং খংঙি, হৈত-হৈত ময়াম্না শানখিবা মওংদা মহাক্কী থৌদাং লোইশিল্লে। মখোয় অনীগী জগোই ফজে হায়না ময়াম্না খূবাক খুনরকপদা মহাক ইকাইবা খাঙদুনা ফমফমদা হল্লক্লন্মী।

লৈশাবী খুদিংমক জগোই শাবগী তাঞ্জা ফংখ্রবা মতুংদা মখা থৌরম শীল্লকখি, কৌশিনখিবা ফাগি হৈবা নুপা অনীদু অমনা ৱাংঙি অমনা নেম্মি। মখোয় মৈতৈ লোন্দা ঙাঙনৈ। মখোয়গী মশক উবতদা ময়াম নোক্লি।

অনেম্বা — ইতাও,ড্রামা শান্নসি।

অব্রাংবা — শান্নসি ইতাও। করি লিলা শান্নসিগে?

অনেম্বা — ঐখোয় অনীনা হন্দক্তা অমেরিকাদগী তম্লুবা হামেংগী লিলাদু।

অব্রাংবা— অদুদি হৌরসি।

(মখোয় অনী লৈমায়দা কৃষ্ণদুনা হামেংনা উনা শায়বগী মতৌদা মে মে খোংঙি। অব্রাংবনা অনেম্বদা চিরোন্দা তকশিন্দুনা কোয়না কোয়না তাল্লি। খঙহৌদনা অব্রাংবনা অনেম্বগী মথক্তা ফল চোংখৎলম্মী।

অনেম্বা — (অব্রাংবরোমদা মমায় হুৎ লৈশিল্লগা)মে মে চরনহে,নমাইদু ইকাইদ্রা,ইচা ময়াম মমাঙসিদা।

অব্রাংবা — মে মে উনিং উজনি, হৌজিকপু ইকাইবা খঙখিগদ্রা? (অমুকসু ফল চোংখৎলি। অনেম্বা খর লাপ্পা চেম্ঘোকখি। অব্রাংবা নাকন্দা লৈথোক্লুরগা মশাদু খর পিকশিল্লগা হামেং মচা শাদুনা অনেম্বগী মনাক্তা লাকই।) মে মে হৌজিক্কীদু করিনো? ইমা,নঙ ওক্কবীনি।

অনেম্বা — মে মে, চরনহে ! তমিন লৈয়। নঙ করম্না পোক্লকই. খবব খক পাদ্রা?

মীয়াম ব্রা ব্রা নোকপদা থোইবাসু য়াওই। লীলা শান্নবা অনী মখা চৎথৈ।

অব্রাংবা — চাওখৎপা লৈবাক্কী লীলাসি ফজদ্রা?

অনেম্বা — ময়ামসু হৈনিংলবদি তম্বীগে,চাওখৎনব।

অব্রাংবা — ইতাও,ঐখোয়না চৎলুবা লৈবাক্তু চাওখৎলিকো?

অনেম্বা — চাওখৎলি,মখোয়না চাওখৎপগী ৱাদি জঙ্গলদা লৈবা শক্তি ফাওবা আনোক উপ্পনি।

অব্রাংবা — হোয়নে,কৈ অমসু অন্দরৱিয়ার শেৎলগা থোক্লকই। থোইবা মখোল থোক্না নোকপদা মোসোফিনা য়েংলকই।

অব্রাংবা — ইতাও, অদুদি লিলা অমগা হৌরসি।

অনেম্বা — করম্বা?

অব্রাংবা — রুসিয়াদগী তম্লুবদু।

অনেম্বা — অনৌবদুরো?

অৱাংবা — হোয়নে,ঐনা মারৱারী শারগে।

অনেম্বা — ঐনা মৈতৈ পাখং শাবা তারবা।

(মখোয় অনী লিলা হৌনবা খর হন্দোক্লুনা শেম শারুরগা ময়াইদা লেপ্লে।)

অৱাংবা — (মারৱারীনা মৈতৈলোল ঙাওবগী খোঞ্জেন্দা ) ইবুংঙো বসন্ত, ঐগী কারবার য়াম্না চাওখৎলে,নঙনা তেংবাং পীরে,ইপা পেল্লে।

অনেম্বা — বাবুজী,ঐবু থাগৎপীবা লাইবক ফবনি।

অৱাংবা — নঙগী লমন চাউনা তোল্লে। নঙোন্দা করি পীরগা ইপা পেনগনি? ঐ ৱাখল তৌরে।

অনেম্বা — বাবুজীনা ঐগীদমক অসুক য়াম্না য়েংবীরিবসিনি।

অৱাংবা — নহী,অদু নত্তে,অদুগুম্বা শেল পোৎ পীবদা ইপা পেন্দে।

অনেম্বা — বাবুজীদগী ঐনা করি নিজখিনি?

অৱাংবা — য়েংঙু ঐগী ইচা নুপী অমা লৈ,নঙোন্দা পীরগে খল্লে ।

অনেম্বা — ইমাই পেম্মা ! অসিদি লোইরেদনা। (ইকাইবনা মমায় লৈথোক্লগা চেল্লি ।)

অৱাংবা — হাই বসন্ত, চেনগনু। ঐগী ইচা নুপীদু নঙনা উরবদি শোইদনা পামগনি।

অনেম্বা — বাবুজী ঙাকপীয়ু।

অৱাংবা — মাগী মমিৎ য়াম্না লাওনা ফজরে।

অনেম্বা — বাবুজী।

অৱাংবা — মনাতোন তুম্লে।

অনেম্বা — বাবুজী।

অৱাংবা — মশম শাংবনি।

অনেম্বা — অহোয়। (লৈথোক্লগা)য়াম্না হায়রক্কদৌরিনা।

অৱাংবা— কুচুসু গুলাপনি।

অনেম্বা — বাবুজী।

অৱাংবা — মথবাক্তসু চাউনা মসল অনী কারেনা।

অনেম্বা — হেন্দবোল! হেন্দবোল!

ময়াম ৱা ৱা নোকই। মোসোফি কনমন্না নোকপদগী মমায় লৈবাক শোক্লা লোৎখি। ফাগি লোইবগা থৌরম শিনবনা পাখং লৈশাবী খুদিংমক ইশৈ অমমম শক্লবা থৌরাঙ তৌ হায়না লাউথোক্লম্মী, লোয়ননা লৈশাবী অমা কৌশিনখ্রে। মহাক ফজনা শকখি। মথং মথং শক্লরকপনা থোইবাগী পালি লাক্লে। দণ্ডিমক্লুম লুবা মতাংনি, থোইবা ময়াইদা থোক্লুনা শক্লকখি।

খণ্ডবা নঙসি মাঙখ্রোকো অমম্বদা লমজিংলিবা
অঙানবা কৌবা থোরক্লো মালেম অসি নোকচনবা
তাইবং শীন্না য়েনবীররো পুন্সি অমা খেন্নদবা
ঈংথবা খুন্নাই পীবীরো নুংশিবতনা থল্লবা।

মথংদা মোসোফি থোকখি। মহাক্কী নুংশিরবা ইশৈনা মীয়াম্বু তোঙানবা সংসার অমদা পুখ্রবগুম মনিল মখোল থোকহনখিদে।

অসুম্না অহিং চুপ্পা ফাগি, জগোই, মখল মথেলগী কুমহৈদা লেনখিবা খুঞ্জাশিং নোংঙাল্লমদাইদা কায়নরে। থোইবাগী পুন্সিদা অহিং অমগী মতম্বু অদুক য়াম্না হরাও-তয়াম্না, নোক-খেদুনা লেনবা করিগুম্বদা থোকখিদ্রি।

হুইনিং খুলদা থোইবানা ওজা ওইদুনা লৈরকপা থা অহুম হায়রক্লে। খুলগী নুপী-অঙাং, পাখং লৈশাবী অমদি অহল লমন পূম্নমক্কা শকখঙনরে হায়বা য়াই। খুল্লক্তা চৎলুবদা মহাক্কা কৌনদবা মী য়াওদ্রবনি। অয়ুক্কী মতমদা মহাক্না চাকশঙদা চাক থোংলিঙৈদা স্কুল লম্পাক ফাওনা লৌ চৎখিবা নুপা নুপী খুদিংমক্না মহাকপু কৌরমদবা য়াওদে, করি এঞ্জাং চায় হংনরমগনি। নুমিদাংৱাই সমদা পোৎ লূম্না পুরগা লৌদগী কারকপী মৌ, লৈশাবীশিংনা মহাক্কী চাকশঙ য়ৌনা লাক্লুনা মখল মখলগী এঞ্জাং পীরমগনি; কনানা মাইরেন কনানা হঙ্গাম, কনানা হৱাই, কনানা থবী, কনানা চুজাক, কনানা কোম্প্রেক, কনানা হৈ, কনানা ঙা, অৱাৎ পালৈতে। ময়াম্না পীরম্বা পোৎনা থোইবাগী চাকশঙ থল্লি। পত্তুনা মাঙখিদনবা লৈমিন্নবা অঙাং অনীগী য়ূমদা অমুক থিলহনখিবনি। এঞ্জাং তোয়না থিল্লকখিবীশিংগী মরক্তা মোসোফি য়াওরি।

নোংমা নোংমাইজিং নুমিৎ অমদা থোইবানা ঈশিংখোংদা ফি শূরিঙৈদা ঈরুজবা কূম্নকখিবী মোসোফি য়াম্না ইকাইনা মহাক্কী নাক্তা

চঙশিল্লকই।

" ওজা,ফিশিংদু পীয়ু,ঐ শূগে।"

" য়ানিদা । য়াম্বসু নত্তে।" থোইবা ইকাইবনা মুন্না য়েংলুদে।

" তাম্বুল নুপীনা শূবা ফি ঙৌদব্রো?"

" মোসোফি ! অদুগুম্বা ৱাহৈশিংদু ঐ হৈনদে।"

" অদুদি শূরগে য়ারব্রা?" লৈশাবীদুনা নুঙপাক্তুগী ফি তাপ লৌখৎখি। " হোরেন কংলগা থিল্লক্কে।"

মখূৎ হাঙলবা থোইবা লৈফম যূমদা কারক্লে। হিপফমদা পোত্থাবদা লমদমসিগী মীয়োক-মীচান ফজবা অমদি মীনুংশি লৈবদা শীংথারম্বদগী মহাক তূমথোকখ্রে। মীকপ থোরকপদা কৌবগী খোঞ্জেল তাবদগী মহাক মপান থোরকই। মোসোফি ফুগাইনা শাৎলবা থম্বালগুম ঙাল্লম্মী। তোঙ্গানবী লৈশাবীদু মোমোন নোক্কনবীনি। ঈশিংনা থল্লবা মৈরুবোব উতোং তরুক হাপ্পা সমগী অরূম্বা খাঙবদা মশা থোক থোক নোম্লি। য়েং ওই লেংজূম অনীদগী মাঙদা হাইথরকপা ৱাই-ৱাই তাবা শম্লাংনা ইকাইবা ঙাক্লবা চরৈ ওইরি। চেংলবা খ্বাংদা চেকশিন্না য়েপ্তুনা শেৎপা কৌরপ তৌবা ফনেক্কা মকোয় মান্ননা ফল্লবা তুংগী ফজবা ময়েক শেংনা চোংথোকহল্লি। মখূৎ অনীনা চুবাগী সম মরীদা পায়দুনা থোইবাদা লুকচানরপ য়েংলকই।

" ওজা,ফি লৌহোরো।" মোসোফি খোঙকাপ অমা কানশিল্লকখি।

" ঐগীদমক য়াম্না ৱাবীরে। "থোইবানা সম মথক্তা য়েপ্তুনা পুরকপা ফি লৌরুই। " করিনা লমন শিংসিগে।"

" অসিবু ৱাবা কৌব্রা? " মমায় ওন্দুনা খোঙকাপ খর চৎলুরবী মোসোফি লৈশিল্লকখি, " নোংমাইজিং নুমিৎশিংদা ঐনা নংগী ফি শূবীগনি।"

থোইবা খুম্বা নংদ্রিঙৈদা লৈশাবীদু লাপথোকখিবনা হানখ্রে।

মোসোফি চীন্দা নত্তে খূৎসু য়াওরকই; নোংমাইজিং খুদিং ঈশিংখোংদা থোইবাগী ফি শূবীবতা নত্তনা অতৈ অৱাৎ-অপাসু য়েংশিনবীরৈ। মহাক করিগুম্বদা লূম্না পুরকপা শীং থোইবাগী চাকশঙদা থারম্মী। নুমিদাংৱাই অমদি হাওরৈ নাচোম নাপ অনীমক্তা পূমঙান ঙান্না চিল্লগা মোসোফি থোইবাগী থোঙজিন্দা লেপ্লে ।

" ওজা, ঙসি নুমিদাং ঐখোয় য়ূমদা ইতা ময়াম তল চানগনি, নঙসু লাকউ।"

" ইকাইজৈদা।" থোইবা নোক্লম্মী।

" কনাবু ইকাইরিবা? লাক্তবা য়ারোইকো।"

নুমিৎতু মোসোফি য়াম্না থুনা চৎখিবনা হায়নিংবা খর ব্রাৎহৌরবা থোইবা কা মনুংদা হঙ্গৎ-হন্দা চৎলি, মদুগী মরমদি মশাসু খঙদে। মহাক্কী মওং য়েংলগা লৈমিন্নবা অঙাংনা হায়, " ওজা, মখোয়গী তল চানবা হায়বদু য়াম্না নুংঙাইবনি। পাখং ময়ামসু লাক্কদবনি।"

" করম্না শেম্বা তলনো?"

" য়াম্না নপ্পা চহাওনা শেম্বনি, হাওবনি।"

খঙহৌদনা শন্দোরকখিবা লৈচিলনা কুপ্লবদা ঈংবগী চাং খংহেন হেনগৎলক্তুনা থোইবা চাকশঙগী মৈনাক্তা ফম্লম্মী, অঙাংনা চাক এঞ্জাং শেম্বা য়েংঙি। ময়াইমরপ কন্না নোং চুরক্লে। চাক থোংলিবা অঙাং থোইবাদগী খঙনিংবা লৈ।

" ওজা চাক চারগা চৎকদ্রা নৎত্রগা আদা চারুগদ্রা?"

" তল চানফমদা ময়াম চাকসু চানগদ্রনে?"

" পূল্লপ চাদ্রবসু মীওই খরগীদি শা-য়েন থোংদুনা থৌরাঙ তৌরমগনি।"

" এঃ অদুদি ঐখোয় অনী চাক চাথোক্লসি।"

থোইবানা চাক চাবা তোকপদা নুমিদাং ওইখ্রে, নোংসু হাংখিবা ঙাইহাক ওইরে। অমম্বদা মহাক থোরক্তুনা অনানবা লম্বীদা মা মাদুনা মোসোফিগী য়ূম পাংলকখি। নাক-য়েৎতগী খোংলকপা হূইশিংনা খুল্লক নিলহল্লে। মোসোফিখোয়গী য়ূমগী য়েনখা নাকন্দা উচান মৈরা ঙান্না থাল্লি, উবাক্লা কুপ্পা য়ূমশিংদু ময়েক শেংনা উবা ঙম্মি। ইমুংদা পাখং-লৈশাবীশিং ইশৈ শকপা তারবসু মহাক পাক হেক চঙবা ঙমদে। শুমাঙদা লেপ্তুনা লৈরুবদা য়েনখাদগী অচৌবা হূই অমনা হৌনা হৌনা খোংলম্মী। পাখং অমা চেপ্থোরক্তুনা থোইবাগী নাক্তা লাকই, অদুক য়াম্না চুং-ফিরাল চানা ফজবা নুপাদি অতাংবনি। হান্না উনখিবা লৈত্রবসু শকখঙবগুম মহাক্লা কৌশিল্লকই, " ওজা, চঙবীরকউ।"

পাখং অদুগী মতুং ইন্দুনা থোইবা ইমুংদা চঙলক্লে। উজাউগী অশাংবা ফান্দা মহাক পাখংদুগা ফম্মিন্নরম্মী। মোসোফিনা মঙোন্দা পীরবা ব্রাগী উতোংদু য়ু ওইরবোই নীংদুনা মঙক হাইরুই,অদুবু খৃষ্টিয়ানশিংগী ব্রাফম নিংশিংলকপগা লোয়ননা অশাবা মনিল্ল উবদগী থোইবা মখূৎ তিংথোকখি। ফম্মিন্নবা পাখংনা তাক্লকই " ওজা,অসি ঐগী ইচলনি। য়ূমসিদা ইমাগা ঐখোয় অহুম লৈ। ঐ অতোপ্পা খুলদা থা খর লৈরুরে,নুমিৎ হুম্নি খক্তা ঙাইরি হল্লকপা।"

শাফবা পাখংদু মোসোফিগী মবুং ওইরম্লে। মহাক্কী ব্রারোল খরদগী মখোয়গী মপাসু লৈখিদ্রে হায়বা থোইবা খঙলম্মী।

" আসোমগী য়েৎকী কাচিন্দা ফল্লিবী লৈশাবীসিগা ঐগা বরদিন মমাঙদা লুহোংনবা লেপ্পখ্রবনি।" মোসোফিগী মবুংনা লোন্না থোইবাদা তাকই।

" ও,মশক ফজখ্রেদা।" মী য়েংবা য়াম্না হৈরবগুম থোইবানা হায়খি।

" লৈশাবী ময়ামসিদগী কনানা ইহেন হেন্না ফজবগে,মানা হেন্দ্রনে?"

" হোয়," থোইবা শোন্থাংনরপ খুম্মি। " খুলসিগী লৈশাবীশিংদি ফজদববু য়াওদেদা।"

মোসোফিগুম ফজবদি কনাসু য়াওদে হায়নিংবনা থোইবাগী মচীন ফাবদা ব্রারে। ঙাইহাক লৈরগা লৈশাবী খুদিংমক্তা মঙোন্দা তল অমমম পীরবদা মমাঙদু ফনা য়াম্না পৈরে। মহাক ময়াম চাক চাবদি য়াওখিদে, অদুবু শান্ন-শান্ন চাশিনখিবা তল মপাক মঙা শুদোকখি। অহিং থেংলক্লবদা ময়াম কায়নরে। মোসোফিগী মবুংনা মহাকপু ময়ূমদা থিল্লক্লম্মী।

নুংঙাইনা তূমখিবা থোইবা মীকপ থোরকপদা লাইহৌনা নিক্লম্বদা য়াম্না ব্রানা নোংঙানবা ঙাইখি। মহাক অযুক চাক চাদবতা নত্তনা স্কুল কাদ্রে। ঙমদবগী পাউ তাবগা নুমিদাংব্রাইদা চেল্লকখিবী মোসোফি হঙ্গোইবা লৈতনা থোইবাগী হিপফম নক্লা চঙলকই, নুংঙাইতনা শোল্লে।

" ওজাবু ঐনা নাহল্লে।"

" নঙনা করম্মা?" থোইবা মমায়-মমিৎ পূমঙাং ঙাংনা

হৌগৎলক্কুনা খূয়াদা ফম্লিবী মোসোফিদা য়েংলম্মী।

" তল খর য়াম্না চারবদি অসুম্না হেক্তা লাইহৌ তৌবনি।"

" হোয়নে,ঐসু খল্লম্লিবনি।"

" অয়ুক করিমত্তা চাখিদে হায়বা তায়,ওজানা চানিংবা অমা হায়য়ু, ঐ থোংলমগে।"

" করিমত্তা চানিংবা ফাওদে,থোংবা তারবসু অঙাংশিং লৈদা।"

" ঐগী খূৎ মাঙবগীরা? নঙসু অতৈ তম্পাক্কী মীশিংগুম তৌব্রা?"

" মোসোফি ! অদুগুম্বা ৱাশিংদুগী মরমদা ঐনা করি হায়খি?"

" তানিংদে হায়খিবদু ঐ কাউদে,মদুনা অশেংবা ওইরবদি ঐবু নখোয় জাতিগী মীগুম খনবা ঙম্লগদ্রা?"

" মখোয়না নঙোন্দগী কবি হেল্লি,লূবদা,ফজবদা?"

" ফবে ঙমগনি হায়রবদি চৎলগে।"মোমোন তৌনা হৌগৎখিবী মোসোফি থোঙ ময়াদগী অমুক লৈশিল্লকই,"ওজা,নোংমা ঐখোয় লৌদা চৎলুসিকো।"

থোইবা মঙক নোমখি।

নুমিৎ হুম্নিগী তুংদা থোইবা স্কুল কারে। অঙাংশিং লাইরিক তম্বীবদা পুক্লিং চংখিবনা তাম্না লৈখ্রবা মমা-মপা অমসুং মচল নুপীগী ৱাখলনা ৱাহল্লম্বদু খর কোকখ্রে। হৌজিক মহাক্না তৎতনা খনবা অমদি লৈরি — মচল তমুবী নিংথেমদা লুহোংলমগদ্রা হায়বসিনি।

মতম অসুম হৌখিবনা লৌরোক কুমহৈ পাঙথোকখ্রে। নুমিৎ অদুদসু থোইবাগা মোসোফিগা জগোই শামিন্নখি। মদুদা তৌনখিবা ফাগি ময়াম নিংশিংলুরগা মহাক তুমিন তুমিন নোক্লি। বরদিন য়ৌশিল্লকপনা হানখ্রগনি খন্নদুনা অৱাবা কিনদনা খুলগী মীশিংনা লৌবুক্তগী ফৌ হোনগৎনবগী মতম লাক্লে। থাখাই অমা ফারক্লে থোইবানা মোসোফিবু উখিদবা। নুমিদাংৱাইরম অমদি ফৌ পুদুনা অঙম্বা চীংগী অখূবা লম্বীদা পরেং কাখৎলকখিবা মীয়াম মরক্তা য়াওরকপী মোসোফি মহাক্কী লৈফম শঙ মপা য়ৌরকপদা তপ্না কৌরকই," ওজা,ওজা।"

খোঞ্জেল খঙবদগী তহা তহা থোরকখিবা থোইবানা হুমাংনা লূপ্লবী তঙাং তঙাংলবী মোসোফিগী মায়থোংদা মুন্না য়েংঙি,ৱা হংবদি ঙমদে।

পোইনুগী অঙ্গৈংবা নুংশিৎ চিংশিন্দুনা স্বর ফাথনবা হোৎনরিবী লৈশাবীনা খর চঙশিল্লক্তুনা হায়রে,"ওজা, হয়েংদি খুলগী ফৌ হোনবা লোইবা নুমিৎনি। খুলসিগী খ্বাইদগী কনবা নুপানা ফৌ পুরকপগী কুমহৈ লৈ। অঙম্বা লম্বীসিদা কারক্কনি,য়েংঙম্মু, খূবাক খূরম্মু।"

ময়ামগী তুং ইন্দুনা মোসোফি চৎখ্রে, অদুবু থোইবা মহাক্কী ৱাফমদু খঙফাৎত্রবসু হংলুনিংদবনা লেপহৌরি,মরমদি মীকুপ অমা ফাওবা লেপহন্দুনা লৈশাবীদুবু ৱাহন্নিংখিদ্রে।

মথংগী নুমিদাংৱাইদা অৱাংথংবা লোকখারোমদা মীয়াম লাউনবগী খোঞ্জেল তাদুনা থোইবা নাকল অদোমগী চীংঙম লম্বী ময়াদা লৈমিন্নবা অঙাংগা লোয়ননা ঙাইরম্মী, মরমদি মোসোফিনা হায়রম্বা নিংশিংলি। খোঞ্জেলনা খর খর নকশিল্লকপগা,পৃংখায় অমগী মতুংদা উয়ূঙ অমসুং উচান পাম্বীগী মরক্তা, থেক- খোই হায়গৎলকপা লম্বীদা মীয়াম মরী মরী কাখৎলকপা উরে। মহাক্না ময়ামদুবু য়েংনবা হৌগৎলকপগা অঙাংনা হায়, " মাঙ ইথং থংনা কাখৎলক্লিবা নুপাসি খুলসিদগী খ্বাইদগী কনবা মীনি, মমিং রিংফামী কৌই, মোসোফিগী মবুংনি। মহাক্না পুরক্লিবসি ফৌ শংবাই অহুম্নি।"

" কয়া লাপ্পা লৌদগীনো ?" থোইবা নুপাদুগী পাঙ্গল য়াম্না খঙনিংঙি।

" মাইল মরিগুম্বা লাপ্পমগনি,তুরেল ময়াদগীনি। পোথাদনা লাক্লরিবনি।"

অদুক য়াম্না লূম্বা পোৎ পুরগা করিগীদমক পাঙ্গলগা শীংনরিবনো হায়না থোইবানা ৱাখল তৌরিঙৈদা অকনবা নুপা মহাক্কী মনাক য়ৌশিল্লক্লে। চুম্মি, মোসোফিগী মবুংনি। মখ্বাংদা অপিকপা ফি মচা অমা পুল্লি। খুবোম অনীদা পুনবা উরীশিংদা মচু মচুগী উচেক মতুশিং থেৎলি। ফল্লবা অমসুং থারবা থবাক্তা হুমাংনা ঈরম শেল্লি। ঙৌবোং অহুম্না তাইদুনা শেম্বা খাউদা হাল্লকপা ফৌ সম থৌরীগী মতেংনা নঙ্গন্দা পোদুনা পুরকপনি। অচৌবা খাউগী অকোয়বদা হাওরে, সনারৈনচিংবা মখল কয়াগী লৈ থেৎলকই। রিংফামীগী পাম্বোম অমদি ফৈগনগী শাদোং য়েংবদা য়োৎকুম কল্লমগদবোই নিংঙি। মহাকপু উবদা থোইবা ময়াম্না লাউনরিবা

হৌ-হা হৌ-হা গী তাল চানা খূবাক খূরম্মী। অকনবনা মঙোন্দা হায়ফেৎ য়েংলম্লগা হেনগৎতুনা চৎখ্রে। মহাক্কী তুংদা ইল্লকখিবা নুপা-নুপী অমত্তা হাংনা লাকখিবা য়াওদে, পোৎলূম পুরকপা ঙাক্তনি। খ্বায়গী তুংদা মোসোফি লাকই,থোইবা লেপ্লা উবদা লৈথহৌবা ওইরমগদবা মাল্লি। থোইবাগী লেপফম য়ৌরকপদা মহাক তপ্না লৈশিল্লকখি,“ লাকও।”

মোসোফিগী মতুং ইন্দুনা চৎলিবা থোইবা তশেংনা পোৎলূমদু শিন্দুনা পুনিংবনি, হায়সু হায়রুই। অদুবু মরিল লৈবী নুজদুনা মখূৎ হাইরকখি,“ য়াদে,অদুগুম্বদু হয়েং কোন্না।”

লৈরাংগুম থোৎলবীদুনা পুবা ফৌ য়ামদ্রবদা শংবাই অমদগীদি হেনগনি। মদু খল্লগা থোইবা লৈফম খঙদনা হায়,“ অদুক লূম্না পুরিবদি করিগীনো?”

“ চীং নুপীশিংদি অতৈমক তাকপীদ্রবসু অঙাং ওইরিঙৈদগী অরূম্বা পুবদি তম্বীরকখ্রবনি।”

স্কুল মপা য়ৌরকপদা থোইবা লেপ্লম্মী, “ লৈহৌরগে।”

“ য়াদে,ঙসিদি খুলসিগী মী পূম্নমক মফম অমদা পূল্লুগদবনি।”

থোইবা মখোঙ অমুক থাংলকপদা চেপ্তুক য়েংলকপী মোসোফি নোকখি,“ লৈহৌরো,নম্ফুনদি নঙবু খক পুবীরোইদা।”

সিরোই চীংজাউদগী হুম্লকপা অঙৈংবা নুংশিৎনা তানশিল্লকপগুম থোইবা চাকশঙদা থুনা লাকখি। মহাক চাক থোংলম্বা অঙাং অনীগী মনাক্তা ফম্লে। তুমিন ঙাইহাক লৈরম্বদগী নিংশিংলকপা মপা অমদা হায়রকই, “ নখোয় অনী তম্পাক্তা লাইরিক তম্বা চৎনিংঙি হায়বদাই?”

“ হোয় ওজা।” অনীমক্না খুম্মি।

“ অহল লমনশিংনদি করি হায়?”

“ য়াদে,” মায়োক্নবা অঙাংগী পাউখুম্মি,“ চেঙ-চাক,শেল হুন্নবা লৈতে।”

“ খঙনবসু লৈতনা,” অতোপ্পদুনা শমথৈ,“ কনাগীদা লৈরুনি? চীংদা পোকপা ঐখোয়গীদি হৈমল্লে হায়।”

থোইবা নুংগী মৈশা ফুগৎলকপনা মখা হংথখিদ্রে।

বরদিন অমদি অনৌবা চহী হৌবগী হরাও তয়াম্বনা থল্লবা

কুমহৈশিং লানখ্রবদা অয়ুক ঙন্তা ঈশিং খোংদা উন মপাক মপাক তাওরম্বা উখিদ্রে। হৈনৌ মপান্দা খোইশিংনা য়োম্বা হৌরকপগা অঙ্গংবা খাঙবদা মরোল য়ৈশিল্লুরবা চেক্লাশিং হরাওনা ইশৈ শক্লুরক্লে,কুরাও অমসুং চীংথ্রাও মপান্না চীংজাউ নাপোমশিংদা নাপল তান্নরকপা,লমজাও লম্মৈ তাঙ্গোইনা পাইবা উরগা থোইবা ঙসিদি থম্মোয় নুংদা মতম কুইনা তৃপ্পুরবা নিংশিংবা অমা মীকপ থোরক্কুনা কন্না ওৎলরবদা অচিকপা মফম থিরকখি ; কনানসু উরল্লরোই খন্না উচান পাম্বী অমদা ঙারগা শকফম তত্তনা ওল্লিবা অতিয়াগী লৈচিল য়েংদুনা তুমিন ফম্লম্মী। শিন্থরকপা মিৎকী পি অথিংবা লৈতনা মনীং তম্না চেন্থহল্লি। ঈহৌরকফম য়াম্বনা মহাক কনাদসু তাইনফম খঙদবগুম্মি,অদুবু মহাক্কী পুক্লিংনদি অচিকপা অদুবু নুংশিজদুনা তেংথারিবনি খল্লি। মহাক্না ব্রানা ফংজবা অচিকপা সংসার অদুদা তিঞ্জনিংবী কনাগুম্বী অমসু লোন্না মনাক নক্লা চংশিল্লকখিবা উহৌদে,নাশোন পিক্লা তপ্লা ফমথরৈ। ইকাই-ইকি অমদি হরাও-নুঙাইবা অনী য়ান্নরবা নুজাদুগী মায়থোং উরগা থোইবা ঙকপনা হেল্লি।

“ মোসোফি ! করিগীনো নথন্তা?”

“ নঙবু থিরকপনি,শাওনিংব্রা?” লৈশাবী ইহা হাদে,ইকাইবা খাঙনা নোকই।

“ শাওনবা মরম লৈত্রবসু মীনা উখ্রগা ফজফম থোক্লিব্রা?”

“ চৈগনু,ঐসু য়াম্না থব্রায় ব্রানা,হুরানবগুম লাকপনি। নঙবু উননিংবনা ঐঙোন্দা তৌবা ঙমদবা থবক লৈহন্দ্রে।”

“ অদুদি খর হেনমন্দ্রা?”

“ মদু করিগী হংবনো,ঐদি নঙবু উনগে লেপখ্রবীনি।”

“ করিগী?”

“ব্রা খর হংনিংঙি।”

“ করিনো?”

“ ঐঙোন্দা নঙবু নুংশিব্রা হংদনা লৈরিবসি করিগীনো খঙনিংবা।”

“ ঐনা নঙবু পাম্লবসু, নঙনা ঐবু নুংশি হায়রবসু,মদুগী চন্নফম অমদি তোংজবা লৈত্রবদি?”

“ ঐনা খঙনিংলিবা ব্রাহংগী পাউখুমদি শোয়দনা থোরক্কনি।”

" খঙনিংবা করি?"

" মসিনা ঐবু পোখাহনদ্রি।"

" অদুদি হংলো।"

মোসোফি ঙাইহাক থৌনা খোমজিল্লি, চিং-লেম্মী। মহাক্কী মায়থোং ঈপান থাগী পাৎকী ঈমায়দা ঈথক হৌরকপগুম্মি।

" তশেংনা ওজা নঙ পাখংলা?"

থোইবা নোকই," পাখংনি, অদুনা লোইরব্রা?"

" অসিনা ঐগী খঙনিংবনি। নঙনা খঙখ্রে খনবা ৱাহংগী পাউখুমদি ৱাৎলি।"

" ঙাইরুরনু। পাউখুমদু চক্রি চেল্লি, অপেনবা ওইরোই।

" অদু ওইরবদি নঙসি নুংশি মশক খঙদবা অঙাওবা পাখংনি।"

" নুংশিবগী লোল খঙবনা নঙোন্দা ঐবু নুংশিব্রা হংখিদবনি, ঐনসু নঙবু নুংশি হায়নিংদবা।"

" খঙলে অদুদি নঙগী নুংশিবী অমা লৈবগীনি।"

" নঙগী ৱাখল থৌই, চুমগে তৌই।"

" চুম্মি হায়য়ু।"

" চুম্ফাত্তে।"

" হায়বদি?"

" হায়বদি লৈরিবা নত্তে, লৈরম্মী হায়বনি।"

" তশেংনা হৌজিক লৈত্রে?"

"থম্মোয়নুংদা তাহৌবা মমি নত্তনা অশেংবা নুংশি মশক্তি মাঙখ্রবনি।"

" করিগী মাঙহনখ্রিবা?"

" তাঞ্জাগা খৃৎশেমগা য়েৎনবা লম্বীদা লম্মুক্লখিবা, অশোঙবা নারক্তা নাইতোম তারকপা, থম্মোয়দা উরুম লাংলবা।"

" অহাঙবা লম্বী ফংনবা হোৎনখিদ্রিবদি করিগী?"

" মহাক্লা চিংবা অকোকপা লম্বীদগী ঐ নীংহন্নরে।"

" মরমদি?"

" কাউথোক্লগে খনখ্রবা।"

" অদুনা হেন্না ৱাজনবা মরম ওইরোইদ্রদো?"

" ৱাবতা নত্তে,মৈচাকসু হাপ্লে।"

" অদুক তমথীবা মৈবু কনাগী খূৎনো চৃখ্রিবা,নঙগী নৎত্রগা মাগী?"

" ঐগী খূৎনা, মিৎ উইশিল্লবসু তিংথোকখিবদি খঙহৌই।"

উতোন্দা মখোয়গী ৱারী লোন্না তারম্বা উরোক অমনা পাইখিবদা কেল্লকপা অকংবা উশানা ইখং খংহল্লি, ৱারী ঙাইহাক লেপহল্লি। য়েৎকী পাম্বোমদা উশানা য়ৈখিবগী চৈনাবু থৌশাদনা মোসোফিনা থোইবাদা মুন্না য়েংঙি।

" নুপীদু মশক য়াম্না ফজরমগনি।"

থোইবা খুমদে, চুন্মি হায়বগুম নোক্লম্মী।

" অদুননি নঙনা চাকচরিবা।"মোসোফিগী মীনোক্তা কল্লকপা য়াওই," কয়া য়াম্না ফজবগে?"

" ফজবা খক্তদা নুংশিবা তুংঙি হায়নব্রা?"

" মরৈ তোকখো,নঙগা ঙাঙনবা ৱায়। হায়যু,তমগী লৈশাবীরা?"

" খঙলুরগা করিবু কান্নগদৌরি?"

" নঙোন্দা কান্নদ্রবসু ঐঙোন্দদি খৌরাংবা কোকপগী নুংঙাইবা লৈ।"

" ঐঙোন্দা লূশিনহনগনু।"

" হায়রো,ইরাই লাইনবা।"

" তমদগীনি,মৈতৈ লৈশাবীনি।"

" মমিংদি? "

" হেমা।"

" হেমা? মমিং ফজৈ, মশকসু ফজরমগনি।"

" চুন্মি,ফজৈ।"

" করম্না নুংশিনখি,কায়নখ্রিবনা করিগী?"

" ৱারীদু শাংঙি,তানিংলুনু,ঐনসু লীনিংদে।"

" শুকয়া য়ারোই,লীদ্রিমখৈ ঐ ননাক্তা অসুম লৈগনি।"

মোসোফিনা অঙম তাল্লকপদা থোইবা ঙাইহাক্তংদি খংচোক চোকথৈ। অদুবু লৈশাবী অদুনা থাংজিল্লক্লিবা খোঙফমদগী ঙাকথোক্লবা

পল শেল্লগে খল্লুবনা মহাক অশেংবা ৱারী লীথোকপগী হঙ্গোয়বা মাঙখ্রে ; তপ্না হৌখি।

— হেমাগা ঐগা খুল লৈকাই তিন্নবতা নত্তনা যূমলেং অমত্তদা অঙাং ওইরিঙৈদা লৈমিন্নরম্মী। মহাক্কী মপাগা ঐগী ইপাগসু চান্নবা মরুপ্নি। ঐনা হেমাদগী চহী অমরোম হল্লবসু ঐখোয় অনী লাইরিক তম্বদি মতম অমত্তদা হৌমিন্নখি। ইমুং অনীমক্লা ঐখোয় অনীবু চপ মান্ননা নুংশি। লাঞ্জেনবা মতমদসু ঐখোয় নক্লনা লৈমিন্নরুই। ঐখোয়না অঙাং ওইরিঙৈদা লাইরিক তম্লকখিবগী মওংদু নিংশিংলুবদা অৱাবগী মশক্নি। লাঞ্জেল্লুবদগী যূমদা হঞ্জিল্লকপা মতমদা ঐখোয় পুংকক চাউনরে। নুতিগী তিন্ন-তোৎনবদা ইকাইবা পোক্লরে,অদুবু চান্নবা মরুপ্তি ওইরি। নোংমা নুমিদাংৱাইরমদা সনাবুল পায়দুনা ঈশিং শোকপা থোরকপী হেমাবু ঐনা অদুক চাউনা উখ্রিবা করিগীনো; মঙোন্দা মুন্না য়েংলুগদবা ইকাইবগুম তৌই। মহাক ঐনা ফল্লিবা লম্বী মপান নক্লা পন্দনা লাক্লম্মী, মায়থোং লাংশিন্না য়েংলকখি।

" তা-থোইবা,ঐখোয় যূম হোংগদৌরে।"

" কদাইদা?" ঐ শ্বাই লাওই," কৈদৌঙে?"

" ইম্ফালদনি।" শিন্থরিবা পিগী ঈচেলনা হেমাগী খোঞ্জেল ফাখি, " হংচিৎনি হোংগদবা।"

" ইম্ফালদা? অদুক থুনা ? " খোইরাংবনা ঐগীসু খোঞ্জেল নিকই, " অসিদা লৈবা কৈদৌরে?"

" খঙদে ইমাসু ঐগুম য়ানিংদবনি। পাবুংনা লেপখ্রবনিনা উপায় লৈতে।"

" ফরে কৈদৌরগে,সহর কোনুংদা লৈগদৌরিবনি।"

" তানিংদে ! নঙ হেক হোংখো।"

" ঐখোয়বুদি ঙমজদেয়ে।"

" ফৈ,খঙ্গনি নঙ।"হেমা মপি খাম্না পূম্ব্রীগী থোঙ্গ্রাদা কূমথখি।

হেমাখোয় যূম হোংবা নুমিৎতু লৈকাইগী মী পূন্নমক নুংঙাইনদে, ঐখোয় ইমাগা বাজীগনা খর হেন্না কপখি। ঐদি মখোয় ইঙ্খোল চুথেক্তা হন্দোক্লনা পুংদোন পাম্বী উরুমদা ফম্লম্মী,খাম্বা ঙমদ্রবা পি অতোপ্পশিংবু উহন্নিংদে। হেমাগী মতৌসু য়েংবা ঙমদে,কনমন্না কপ্পদগী মমিৎ অনীমক

চাউনা পোমলে। চৎলমদাইদু ইমুংগী মীশিং ইরাঙ লাঙনৈ। পোৎচৈ হোন্দোক্তুনা হৱা গাড়ী অমদা হাপ্পা লোইখ্রে। মপানা হেমাবু হৱা গাড়ীদা ইনখৎখিবা উবদা ঐ মফম খঙদনা ফুক হৌগৎখি,চেনশিল্লগা মহাকপু চিংথহৌসিরা খনখিবনি। থৌখ্রবা গাড়ী উখিদ্রে,লৈহৌরবা মীয়াম্বু লাপ্পা থমলম্লে। সংসার পূম্বা মাঙখ্রবগুম ঐ নাইতোম তাহৌরবদা লোন্না কপ্পনা অৱাবা খাঙনবা উপায় ওইরে।

মথং চহী ওল্লকপদা ঐ ইম্ফালদা লাইরিক তম্বা চৎলে। মীগী য়ূমদা লৈবনা নীংখা তম্না ঐ কোয়থোকপা ঙল্লমদে। হেমাখোয় য়ূমদা য়াম্না চৎনিংলবসু লমলানবগুম ইকাইবা ফাওরে। ঐ অয়াম্বা মতমদা নুপী মচাশিংনা তম্ফম হায়স্কুল ময়াদা চৎলম্মী,হেমাগা উনবা ফংলবদি খল্লুবনি। লাইবক ফবদগী নোংমদি ঐ মহাক্কা লম্বীদা থেংনরে। —

চীংখারোমদগী লাউনরকপা হৌ-হা হৌ-হা খোঞ্জেল নকশিল্লকপদা থোইবা ৱারী লেপখি। মোসোফি হৌগৎতুনা খোঞ্জেলগী লাকফম তারগা হায়রকই, " শাদানবা কাঙবু হল্লকপনি,শা ফারকপগী খোল্লাওনি,নকশিল্লক্লে।"

" মোসোফি, নঙ চৎখিবনা ফরোইদ্রা?" থোইবা নুংশা থীরে।

" চুম্মি,ওজানা বদনাম চাবদা ঐগী অৱাবা য়াওরি।"

মনীং থুংদনা চৎখিবী মোসোফিদা থোইবা য়েংদুনা লৈহৌই।

# ১৭

নোংমাইজিং নুমিৎতু থোইবা যাম্না থরায় য়াওনা চৰ্চ কাকুই । মীফম লোইবগা ময়ূম ময়ূমদা হন্নখিবা মীয়ামগী তুং ইথং থংনা মহাক পাস্তরনা ঙাঙখিবা ঈশ্বরগী যাথং অরাগী মরমদা নৈনদুনা লাকই । য়াথং তবাদা যৃস্ফম ওইবগা যীশুনা কৎথোকপা অৰ্মাদি মীওইবগী সেবাগীদমক পীরিবা পাউজেন্দা শাগৎপা ধৰ্ম অসি অরুবা মশক্তি থন্না মহাক্কী শঙলোমদা তপ্পা মখোঙ থাংলক্লম্মী । স্কুল মপা য়ৌরমদাই ঙমতক হাইগৎলকপা লম্বীদা নাইতোম তারকপগা মহাক্কী লেংবান্দা তুংলোমদগী অমোনবা খূৎ অমনা তাক য়ৈবকই । মহাক্না খংবদা নোকখিবীদু মোসোফিনি খঙবনা হেন্না ঙক্লুনা যেংলুই ; লৈশাবী লক্লবগী মীনোক তোক্লমদ্রি।

" মোসোফি !"

" করি ৱাখন্দা চৎলিবগে ?"

" করিগীনো নথন্তা ?"

" নঙবু ফাগে লাক্লিবা।" মোসোফি মশা পূম্বা অমুক্তং ক্রং কাপথোকই। " ওজা , ঙসিদি ঐখোয়গীদা চাক চারুসি।"

" নখোয়গীদা, করম্না ?" য়ানশিন্নবা ইকাইবনা থোইবাবু তযাং তশোইহল্লি।

" চাক চাবগী মওং য়াম্বনে ?" লৈশাবী থোইবাগী মিৎতা চঙখ্রবনি। " এঞ্জাংবুদি হাওরোই, চামিন্ননিংদুনা তৌবনিদা ।"

থরায় য়াওবা বার্তন্নি হায়বা খঙলবসু থোইবা নাহোক্লিংবগী ৱাখল

লৈরি, হায়রকখি, " নুংঙাইরোইদবা অমা লৈরে ; অঙাংনা চাক থোংবা লোইরম্লগনি।"

" অদুগীদমক্তদি ৱাফম থোক্তে । ঐ হায়রমগে ।"

খাম্বা নংহৌদনা মোসোফি থোইবাগী চাকশঙ তম্না চেনখৎখ্রে । থোঙজিন্দা লেপ্তুনা ৱা খর হায়রুরগা অমুক চেল্লকই ।

" অঙাং মথন্তা চারো হায়রম্লবনি, চৎখ্রসি ।"

" হৌজিকমক ?"

" ওজা, নঙ ঐখোয়গীদা চাক চাবা হঙ্গোয়ব্রনে ?"

" মোসোকি, নঙ ঐন্ শাওহনগনু ।"

" শাওনিংদনবা খর থুরক্লো, ঐ ঙাইবম্লগে।"

থোইবানা মোসোকিগী য়ুম য়ৌরকপদা রিংফামী চেম্ঘোরকই , মহাকপু মখূৎ পায়দুনা ইমুংদা পুশিন্লে । লীফাল মথক্তা ফজনা শেম্লবা চাকলুক অহুম থম্লগা মোসোকিনা ঙাইরম্লি । মখোয় অহুম কোয়না ফমদুনা চাবা হৌরে । রিংফামীনা থোইবা ইকাইদনবা ফাগি তৌ তৌদুনা পীজনবা হোৎনৈ । য়ুম্বুশিংগী থম্মোয় শেংনা পীজনিংবা মতৌদা থোইবাদা চাক-এঙ্গাংগী মহাও হেনগৎনা থোকখি । অহল ওইরকপনা পাঙ্গল শোল্লবী মমা চাক চাবা তোক্তুনা কাচিন্দা তুমিন ফম্লি ।

মখোয় অহুম চাবা তোক্তুনা খূৎ শেংদোক্লরিঙৈদা মপান্দগী নুপা অমনা রিংফামীবু কয়া কৌরক্লম্মী। থোইবাদা ঙাইহাক কম্লম্লবা হায়রম্লগা মহাক মপান্দা চেম্ঘোকখ্রে। অতিথি পাখং মাঙ্গোন্দা থাবা ফাল অমদা ফমদুনা মরোল মরোল লৈখিবা চীংজাও পরেং য়েংলম্মী । য়ুম্বু লৈশাবী পাখংগী মনাক নক্না ফম্লে। চীন্দগী হায়দোক্লদবা থম্মোয়নুংগী পাউ ফাওনৈ। কাউদনা লৈরম্বা ৱারী মতাং অমদগী লৈশাবীনা পাখংদা মখা চৎথনবা তকশিল্লকই ।

" হেমা নখোয অনী লম্বীদা থেংনবা মতমদা করি ৱাবী শানৈ ? অদুক য়াম্না তাংনা কংবা তাঞ্জাদু নাম্ঘোকহনকম থোক্তে ।"

" ৱাখন্দুদি চুম্মি, থবক ওইনদি লুবনিদা ।"

থোইবানা শনজিল্লগে খল্লুবা ৱারীগী মতাং হঙ্গৎতুনা লীবা তারবনি, চৎথরকখি ।

— মমান্নবীশিংগী মাঙদা ঐখোয় অনী কুইনা ৱারী শানদুনা লেপ্লা পামজদবনা হেমা তহা তহা হায়রকখি , " কৃষ্ণ জন্ম নুমিৎতা ঐ গোবিন্দ খুরুম্বা চৎকনি, মহাবলী অদুৱাইদা ঙাইরম্মু ।"—

মোসোফিনা থৎলি, " নঙগী মরোলশিংসি ঐ খঙদে, ফজনা হায়য়ু ।"

থোইবা নোক্তুনা খঙহন্নবা হোৎনরকই, " কৃষ্ণ জন্ম হায়বদি হিন্দুশিংনা নীংনবা কৃষ্ণ হায়বা প্রভুগী মপোক নুমিৎপুনি, গোবিন্দ হায়বসু মাগী অতোপ্পা মিং অমনি । গোবিন্দগী মূর্তি থম্বা মন্দিরগা য়ান্না লাপ্লদনা অতোপ্পা হনুমান কৌবা লাই-ভক্ত অমগী মন্দির অমসু লৈ ; মদুবুনা মহাবলী মন্দিব কৌই । মদ্গী ময়াদা উমং অমা শেমদুনা য়োং ময়াম লৈহল্লি । হায়রিবা পূন্নমকসি মহাবাজনা লৈবা কোনুং ময়াদনি । মফম অদুৱাইদা ঐবু লৈরম্মু হায়বনি ।"

" খঙলে, মখা লীথবো ।" মোসোফি নোক্লকখি ।

—ঐ কৃষ্ণ জন্ম নুমিৎতা মহাবলী উমং ময়াগী লম্বীদা অয়ূক ঙন্তাদগী হেমাবু ঙাইবম্মী । লাইখুরুম্বা লাকপা মীশিং মরী মরী লাক্লরে । মীয়ান্না য়োংশিংদা অচাপোৎ পীজবা , অঙাংশিংনা লক্লবা, লাঙনবা ঐ য়েংলবসু ৱাখন্দি তোঙাল তাখ্রে, হেমা লাক্লরোইদ্রা ৱাখি ।

নুমিৎনা নোংমাইজিং চীংদোন্দগী তাইবংবু মঙ্গল পীদুনা য়েংথবক্লে। ঐগী মায়দা কারকখিবা হ্নাং মরীক মরীক নূংশা ঙাক্তনা ওইফম থোক্তে, থম্মোয়গী মীহুল মখোলনা তাক্লকপনি, ঙাইঙমদবনা মীকুপ ফানা চুন্না লেপ্লা ঙমশিল্লক্লে। চীক্লা-চায়নবা ঙমদনা চৎলিবা মীয়ামদুবু ঐ ইহাঙ হাঙনা উই । অথাপ্পদা মৌপ্পা অতোম্বগা লোযননা হেমা লাকপা উবদা ঐ খোঙদগী তোন ফাওনা শ্বাই পাখৎলি, হায়ফম খঙদবা মওং অমদা ইতাও তাওখ্রে,মহাকপু কৌনবা থৌনা মাঙখিবগুম চপ লেপ্লম্মী । ঙসি অসুক লূবা ৱাফমসিবু চীন্দগী করম থোকহনগদৌরিবনো । মহাকসু তশেংনা ঐবু উশিন্নদনা লাকখি। অঙাং তোম্বা য়াওরকপগী কান্নবা লৈরল্লে, হৌনা কৌরকই ।

" তা-থোইবা !" তোম্বা ঐঙোন্দা খূদোম্বী থিল্লি। " ইচে, তা-থোইবা আদা লেপ্লিবসি উদব্রো ?"

" হাই তোম্বা, নঙসু য়াওরক্লি , য়াম্নবু চাউরম্লে।" মাঙশিল্লকপা থৌনা কন্ননবা ঐসু তোম্বাগী মতৌগুম লাউখিবনি। ইতৌ য়েংলগা মচীন খুমদুনা ইকাইবা অমদি নোক্লিংবা খাঙলিবী হেমাদা ওনশিল্লুই, হায়গে খল্লুবা পূল্লপ কাউখ্রে, " লাইখুরুম্বা লাক্লি ? নুংঙাইরিকো ?"

" তোম্বা, য়োংদা কবোকসি পীজরু।" ঐগী ইকাই খাঙবগী ৱাহং কান্নদবনি হায়গুম পাউখুম পীদনা হেমা মৌপ্বাদা হায়খি । মহাক করিনো অমসু শোনখি, " অস! ঐদি !"

তোম্বা উমংলোমদা চেনশিন্দুনা কবোক চাইখাইরম্মী, য়োংয়াম য়েংবদা পুক্লিং চঙখ্রে । হেনাগী মনাক নকশিল্লুবগা ঐগী চীন্দগী মফম খঙহৌদনা থোকখি, ঐ মদুগীদমক শেম শাখিবদি নত্তে ।

" হাযকম খঙদে, য়াম্না ইকাই । ঐগীসি লাল্লবনি ।"

" ইকাইবদু নঙতা ওইরমগনি খনব্রা ?" মান্নবা ৱাখলনি হায়বগুম হেমা নোকফেৎ লুকথৈ। " অরানবা তান্নসিরা ?"

" করমদি তৌনি, ঐসি নঙগী ৱাখন্দা অসুম লূপ্তুনা লৈবে ; ঙাইহাক্তসু পোৎথাফম খঙদে নঙবু উনিংবনা ।"

" অদুসু নঙতনা তৌরনগনি খল্লিব্রা ?"

" অদুদি ঐগী আশাগী ময়োল লমখাংদা কংদুনা মাঙহনবীরোই?"

" থুদেক্কে খন্দুনা নখূৎ তিংথোক্কনু ; চোংখৎলক্লিবা ময়োলসিনা মপূং মবৈ ফারবা উ পাম্বী ওইবক্লবা মতমদা নোংমা ঐখোয় অনী মাগী মরুমদা থুপকনি ।" মমিৎতা ঈরা চেল্লবী হেমা লকক ঐঙোন্দা মুন্না য়েংলি। " খোঙকম চেৎনা লেপমিন্নসি । হন্দোক্লবা হোৎনরকপা মী অফবা ওইরোই ।"

" ঐগী অশেংবা থৱায়দি নঙনি ।"

" ঙসিদগী অচেৎপা ৱাশক লৌনরবনি, শাক্ষিদি অশেংবা নুমিৎসিনি ।"

ঐ মখা হায়কম খঙদবগুম চপ লেপ্লম্মী । হেমা মরু লুক্না খোঙকাপ খর চৎলগা লাউখি , " তোম্বা, লাক্লো থেংখ্রে ।"

তোম্বা চেন্থোরক্লুনা ঐঙোন্দা মখূৎ হাইরম্লগা মচেগী মাঙ থাদুনা চৎখ্রে। ঐ খোঙ অনীনক লৈনুংদা পুৎথগ্রবগুম মফম লেঙদ্রি ।

মতম কুইনা ঐ হেমাগা উনখিদ্রে। নোংমা মেট্রিক পরীক্ষা হায়দোক্লবা তুংদা ঐ আইঃ এঃ গী মিংজল শেল অমদি ফী হংবা কলেজ চৎলুই। তাঞ্জা থোক্লদুনা মহাক্না থেংনখি । মহাকসু মরম অদুগীদমক লাক্লম্বনিনা ৱারী হৌদোক্লবা লুখিদে । উরুমদা ঙাইহাক লেপমিন্নবদা খঙহৌদনা ঐগী পুক্লিংদা ঈথক হৌরকখি, মদুদা মহাকসু তাওরম্লে।

" হৌজিক্তি কলেজদা পুল্লগনি খল্লগা নুংঙাই ।" হেমাগী খোঞ্জেল নিকই ।

ঐ মহাক্কী ৱাফমদুদা হরাওবা য়াওশিনবা ঙমদে, মদুদগী লৈথোক্ল বা হোৎনদুনা হায়খি, " নঙনা কলেজ কারগনি খনবদা মামখোয় কয়াদা হরাওরিনি ।"

" হরাওই , নঙগীদমকসু । পাবুংনা য়াম্না উননিংঙি হায়না শোনবনি ।"

" কৈদৌঙৈ মিং চনগদৌরিগে নঙবু ?"

" হয়েং চনসিরা খল্লি, নঙদি ?"

" হায়বা ঙমদে।"

" করিগী ?"

" চল্লদবনা নল্লি ।"

" কৈদৌবগী ?"

" মখা তমথবা তোক্লো, থবক থিরো হায়রি।"

" অহলশিংনা ?"

" হোয় । হেমা, ঐখোয় ইমুংগী ফিভম য়াম্না ফৎত্রে, ঐ অহলশিংগী অৱাবা য়েংবা ঙমশিল্লক্রে। "

হেমাগী মমিৎ অনী নিংবা কায়বনা তুকথখি , অরুম্বা খোনফমদা শোল্লি, " অস ! অদুদি চুমদবা ৱানি ।"

" উপায় লৈগদবা মান্দ্রে ।" ঐ ইশা খজিক্তুং য়াংথোক্লুনা হেমাগী নুংঙাইতবা মাঙহনখিনবা হোৎনৈ, " করিসু লৈতেদা, থবক তৌরগা কোন্না অমুক য়েংবা হায়বদুনি ।"

" ঐনা পরীক্ষা ফল য়েংবদা নঙগী রোল নম্বরনা হান্না থিখিবনি ; ফার্ষ্ট দিবিজন্দা য়াওরম্বদা হরাওবনা ৱাংনা চোংখৎখি । চি লাউনা মমৈদা

নপ্পকপা ঐগী ফলগীদমক পেন্দবা মাঙখি,নঙগী মিংচৎনা তান্থোকখিবনি। য়ারোই নঙ মখা তমথদনা তোকখিবা।" চাং হেন্না হাইগৎলকপা নুংগী অৱাবা খাঙনবা হেমা মমায় লৈথোকখিরম্মী।

থেমজিনগে খন্দুনা ঐনা ফারুবা হেমাগী পাম্বোম্মি। অঙাং ওইরিঙৈদা চিংদুনা, লাক্কুনা শান্নখিবা মহাক্কী পাম্বোম অনী শোক্লুবদা ঐ ইখং খংই, য়াম্মসু ইকাইখি । ইপা পাখৎনা ঐগী হায়নিংবা পূম্নমক শমজিনখ্রে , " কোন্না উনরসি ।"

ঐগী শোঞ্জবা ইতৌ উৎনিংদবনা ঐ হেমাদা অমুক ওনশিল্লমদনা লাক্লে।

যূম য়ৌরকপদা ঐ লাইরিক মখা তমথবগী ৱা হৌদোকপা ঙমখিদ্রে, মরমদি পূশিল্লুবা শেলয়ামগী শেন্দোই হুনবগী ৱাফমদা ইমাগা বাজীগা য়াম্না শাগৎনরম্মী । ঐগী ইচল তমুবী মায়থোং লাংশিন্না মাগী কাদা তুমিন তারি। মাদি ইমুংগী য়েংলগা লাইরিক তম্বা তোকচরগে হায়খ্রবনি । হৌজিক মহাক্কী মপূং ওইবা আশাসি ঐঙোন্দা থম্লে ।

ঐখোয়গী ইমুংদা লাইববগী নুংমিৎ চপ চানা য়ুংলে । থৱান লাংবন থা অনী ঐখোয় চাক মশক উদবনা য়ামখি । বাজী চরা হেল্লগা ইম্ফাল কায়। কেশ মায়থীরকপগী লাইমনগা অরাম্বগা পূনখিদুনা অয়াম্বা মতমদা ইমাসু বাজীসু নারে । কেশকী শেল পুনবা তমুবী ঐখোয় অনী মীগী লৌ অনেকপা থবক শূরম্মী ।

মরক অমদি ঐ নুমিৎ তরানিগী চেঙজেন পুদুনা মরুপশিংগা চীংদা শীঙ য়ানবা চৎলুই । ঐনা যূমদা হল্লকপদা তমুবীনা ঐঙোন্দা চিঠি অমা পী, হেমাগীনি । হাংদোক্কুনা য়েংবদা য়াম্না শাংনা ইরমদে ; করম পাল্লি, করি থবক তৌদুনা লেল্লি হায়না হংবগা লোয়ননা অথুবা মতমদা মখোয়গী যূমদা কোয়থোরক্কবা য়াদে হায়বনি ।

হেমানা কলেজ চৎলোইদবা ছুটি নুমিৎ অমদা ঐ মখোয় যূমদা চৎলম্মী,মখোয়না ইম্ফালদা হোংগৎখিবা নুমিৎতগী খোঙফমদুনা অহানবনি। অনৌবা যূমদুদা চঙলকপদা ঐ মফম খঙদনা লম্লানবগুম খৌরপ তৌই। ইনে ললিতা নত্তনা কনামত্তা উদবদা ঐ ইশা খর কোমথোক্লে,অদুবু ইথক থক্কৎপদি য়াওরি । মাঙ্গোন্দা ফম্লম্বী ইনেনা ঙক্কক

য়েংলম্বদগী কৌরকই, " ইবুংঙো থোইবা, ইচাদি উদবা কুইরেদা, লাও লাও ।"

" ইনে, খর লাপ্লখিবসিদা তৌরিবনি । মামখোয়বু.....?"

" নখোয় মামা দুকান থোকখি । নুপা মচা অনীনা শান্নবা য়েংবা চৎখ্রে, অদুগা হেমাদি অৱাংলোমদা লৈবী মমান্নবী অমা উনগনি হায়রম্বনি, লাক্লগনি।"

ইনেনা খুদোম্বী থিনবা ফান্দা ঐ ফম্মি, নাক- য়েৎ য়েংবদি লেপত্রি, স্বর খজিক্কং হোন্দোক্লবা হোৎনরুই।

" লমদমসি লৈবদা নুংঙাইরমগদবা মাল্লি।" ঐগীদু খন্থরগা হায়খিবা নত্তে।

"হোয, অহানবদদি খর হৈনরমদে, হৌজিক্তি কোইনা থোক্ক্রে।" ইনে লৈশিল্লকই," নঙবু চুম্না কোয়থোরকপ্রা, করি লৈবগে ?"

" ইনে, সুম কোয়থোকচবকপনিদা , অমুক্তং লাকচগে খনবসি কুইরবনি । অদুগা, হেমানা লাইরিক তম্বগী মতাংদা হংনিংবা খরসু লৈজে, করি সবজেক্তনো মিং চল্লিবদু খঙনিংবা।"

" হংনৌ হংনৌ , য়ৌরক্লগনি।"

ইনে চঙশিল্লক্তুনা ঐনা ফম্বা অশাংবা ফান্দা ফম্লে, ৰাবী তৌনিংবগী মওংনি।

"তোম্বাসু চাউবম্লগনি।" ইনেগী ৰা হৌদোরকপা ঙাইদুনা ঐনা হায়।

" আ মচেদগী হেন্না ৰাংখ্রবনি। থোইবা, ইমা-বাজীখোয়দি অনা-অয়েক য়াওদেকো?"

" থোইদোকপা য়াওদে ইনে।"

" তমুবীদু অমুক্তং লাকহল্লু , মচেনা মাখক্তবু শোনবনি ।"

" তমজগে।"

" ইবুংঙো থোইবা, লৱাইগা ইম্ফালগসি য়াম্না খেন্নখ্রেদা। লৱাইগী অচম্বা মওংদু স্বাইদদি য়াদে, য়াম্না য়েংশিন্নে, মীশিংসি লুনা চৎনৈ ।"

" ইনে ঐসু মতম খর লৈজরম্লবনিনা মখোয়গী লোনচৎ ফনা নীংথিনা খঙজরে ।"

" আগীনা লৌ-ইঙ্খোল শূরগা, পাঙ্গলনা নোম্লগা হিংনবা হোৎনবদা পেন্থোকপা ঙম্মে । অসিগীনা লাইরিক হৈবা, মীথোই-মীহেন, কেবা-নানবা তান্নবনা মথৌ ওইনরিবনি । শম্মা হায়রবদা অৱাবনা লৱাইগী, নুংঙাইবনা সহরগী । মসি স্বাইদা চেন্নবা ৱাখলনি, তৌথোরকপা থবক্লসু উৎলিবনিদা ।"

" অশেংবনি ইনেনা তাকপীরিবদু ।"

" মফমসিদা লৈশিল্লুরবনিনা স্বাইগী চৎনবী ইন্দবসু ময়াদ্রবনি ইনেখোয়সি ।"

" হোয়, লৈরক অমা শৈশক অমা । "

" ইবুংঙো লৱাইদদি নুপীনা চহী তরামঙা, নুপানা কুনবু শূরবদি ময়ূম পালহনগদবগী, মখোয়গী হিংফম লৈ নৎত্রগা লৈতে য়েংনপোৎ নত্তে, ঙন্না য়ূম্বানবগী অৱাবসু খন্নদে । খুনুংগী হৈনবীদা অদুম লেনগদবনি মতাগুম করিমত্তা থৌশানদে। সহরসিদদি মদু নত্তেদো, অথোই-অহেন, নুংঙাই য়াইফনবা লম্বী য়েংনবদা।"

" অচুম্বনি ইনে।"

" নঙ লাইরিক তম্বা তোক্লে হায়বা হেমানা তম্মি। য়েংঙুং,ঐনা অসুম খল্লম্লিবা,নখোয়সু ইম্ফালসিদা লৈরম্লবদি অহলশিংনা ইরাই লাইনা লাইরিক তম্বা তোকহল্লম্লোই,নখোয়নসু তরাই তরাই হেক্তা য়ারম্লোই। আদদি অয়াম্বনা তম্নদবনিদো, অদুনা নখোয়নসু অদুক য়ৌনা খন্থরুদ্রবা।"

লাইরিক্কী লমজেন্দা ঐসু য়াম্না য়াওনিংবনি,ফিভম্না য়াদদুনা তৌরিবনি হায়নিংবা লৈ,ইনে ললিতাগী ৱাফমদু য়ানিংদে,অদুবু ঐ য়েৎলুবদি তৌখিদ্রে ।

" হোয় ইনে, অরৈবগা লৈতবগা অনীগী খেন্নবা য়াম্না লৈরকখি, মীওইবগী লোনচৎসিদা মতুংদসু লৈখিগদৌরি ।"

" হেমাবু য়ামদ্রবদা বিঃ এঃ লোইহন্দবা য়াদে হায়বসি নঙগী মামা ঐখোয় অনীগী ৱাখলনি , মশাগীসু উইল অমদি লৈজে । লাল মনুংদা নঙগী মামগা ঠিকা তৌমিন্নবা মরুপ অমগী মচা নুপা অমা কলিকাতাদা লাইরিক তম্লি । মহাক ছুটি হেক থেরকপগা ঐখোয়গীদা কোয়রকই । মীগী মচাশিংদুনা লাইরিক্তা য়াওবা থৱায়সি করিনো, মহানি। হেমাবু মতম

শাংনা লাইরিক তমহন্দুনা মীথোই-মীহেনবী অমা ওইহন্দবা য়াদে হায়বগী তৎতনা লমজিং লমতাক কয়া পীরৈ । অদুগুম্বা নুপাশিংদা য়ূম পাল্লুবী নুপীশিংনা লাইবক ফবী করিগী ওইরোই । মখোয়গুম্বা মবুং নৎত্রগা নক্ল-চান্নবা অমত্তং লৈজরবদি কয়াদা পেঞ্জগনি ।”

“ হেমা ব্রাখল লৈবীনি, চাওখৎপগী লম্বীদা মহাক শোয়দনা মিৎয়েং থল্লমগনি, মঙোন্দা কা হেন্না তাক্লুফম লৈরল্লোইদ্রা খঞ্জে,ইনে ব্রাবীরুনু ।”

“ নঙনদি অদুম হায়রিবা,ফনবা শেমগৎপদি লুবনি, ফত্তবদা লমজিংবদি লাইবনিদো । শঙ্গ ফৎত্রবদি চহী অমা লাইনিংলকপগী মহৈ মীকুপ অমগী মনুংদা হৈদোকপনি । অদুনা নখোয়নসু থেংন-উনবা মতমদা মঙোন্দা মেনবীরমগদবসি পুকচেল পিকশিনবা, হন্থবা ব্রাখল খনবা খক য়াদে, স্বাইগী অথোইবনি হায়বশিংগী মরক্তা তিনগদবনি হায়বসিনি। হন্থবা মীশক্তা লোয়নবা,মতিক চাদবশিংগা শঙ্গ তৌদুনা মশাবু পুন্সিগী কৈরাক্তগী নান্থহনবা হায়বসি মমা-মপা ঐখোয়বু হাৎপা শক্কদৌরিবনি হায়বসিমত্তং মঙোন্দা মুন্না খঙহল্লু । ফরে থোইবা, ইনে চাখুমগী থবক খর লাংলুখিগে, নঙ ঙাইহাক ফমখো ।”

“ ফনি ইনে ।”

ঐ হেমা ঙাইরিবনি হায়বা কাউখ্রবগুম ফুক হৌগৎতুনা চৎনিংখি, অদুবু থোঙ্গান্দগী হেমা চঙলকপা উবদা পূক্লিং ফাথদুনা লেঙ্গদনা ফম্লন্মী। মহাক শুমাঙ মতোন্দগী নোক্লকই ।

“ তা-থোইবা, লাকপা কয়া কুইরল্লবগে ?”

“ ঙাইহাক ওইরে ।” মহাক্কী মোমোন মীনোক্তা ঐ পাংশিনবা ঙমদে। “ নঙবু ঙাইরল্লিবনি ।”

হেমা ইমুং চঙলুরগা মপান থোরক্তুনা ইনাক্তা ফম্লে, “ কৈদৌরে, শুকথরিবদি ?”

ঐ খুমদে, ইমুংদা য়েংঙি । হেমা ইকাইবনা মমায় কেৎ কেৎ চিংঙি, পূমঙাং ঙাংলবনি, অদুবু থৌনা লৈবা কন্না শারি ।

“ তারোইহে করিবু।” হেমানা চৈরকই। মাগী ওন্নবা ব্রাখলগীদমক ঐ নুংঙাইজদে ।

" হেমা, ঐ লাল্লে ।"

" তমুবীনা ঐগী চিঠি পীরমগনি ? শাওনিংবনা লোইবা জাৎনি, উনবা ৱানা লাক্লগা লৈরমদবসি ।" হেমা ঐগী পুক্নিংগী ৱারোল ফাদনা মানা ৱাজখিবগী ৱারৌবগা ইকাইবগা যান্নরি ।

লাইরবা মচা ওইবনা চীঙদা শীং য়ান্দুনা শেল তাল্লুবনি হায়না খুম্মিংবা ঐগী নুংগী ৱাখল হেমানা উখিবগুম তৌই , নেমথরকখি ।

" কুমসিদি অহলশিংগী মতেং পাংলগা নোংমৈ কলেজ মিং চন্নবা হোৎনসি , মীসু অদুনি তৌনরিবা ; চহী অমা মাঙবগীবু ।"

" লাইরিক মখা তমথবগী ৱাসি তোক্লসি, মঙদা মঙ্গ্রা তানবা ওইনা থোক্লগনি। ঐগীদি হিংনবা থবক থিবা নত্তনা উপায় অতোপ্পা অমা উশিল্লক্ত্রে। ফরে, ঐদি অসুম ঐ ওইরে. নঙদি কন্না হোৎনৌ । ইনে মামগী আশা য়াম্না চাউরিবনি,মখোয়গী নীংবা থুংহনসি ।"

" মদুদা নঙগীসু শরুক য়াওদব্রা ?"

" মঙলানগী নুংঙাইবনা কাইনথংদা ৱাহনবগী মৈশা কিজরে হায়খ্রেনা । ঙাইখো হেমা, হনগদবা গাড়ী মশীং য়ামদে, ঐবু লাকউ হায়রম্বগী মরমদু .....?"

" মদুগী মরম খঙবীদবদুনি থোইদৌ শিক্লিবা ।"

" থোইদোকপা অতৈ লৈত্রবদি ঐ চৎলগে ।"

" তা--থোইবা. য়ানিংদবা ৱাফমদা মপানগী পুর্কাপনখোম্না নশাবু হোইদুনা পুহনগনু । ঐগী ৱাখল খঙবীফম থোকপানি. ঐ তৌজিক নঙগা চেনখ্রবসু ঙম্মগনি । নঙগী থৌনা অদক য়াম্না উৎনিংদ্রবা কাবগীনো ?"

" হেমা ! নপীনা ৱাফমদু সহরগী নুপীনা.....? আশা বাংনা লাইবিক তম্লিবা নঙনা ৱাফমদু পনবা ইকাইদ্রা ? ঐখোযগী চহী মতাংসিদা?"

" কবিগী ইকাইজকনি, ঐগা লেংগা ওইবা কয়া লুহোংনজে ।"

" হেমা !"

" ঐ লাইরিক্না অমত্তা তমজনিংদ্রে । নঙবু উদ্রবদা কলেজদু ইহাও হাঙডি । নঙগুম্না কয়ানা ঐগী অকোয়বদা, অদুগা নঙনা চাংদা, পাৎতা, লংফৈদা । ঐ লৈফম খঙদে, খাঙদুনা লৈনিংলক্ত্রে । ঐ যুমদা লৈরগে নঙ লাইরিক তম্মু ।"

" এঃ করম্না ?"

" মরমদু হায়গে — ঐখোয় অনী লুহোংলসি, অদু ওইরবদি পাবুংনা শোয়দনা নঙবু লাইরিক তমহনগনি। নঙনা য়ানিংলগনা ঐসু তমথরে।"

" ওইথোকপদা ৱাগদবা, খল্লুবদা কান্নররোইদবা, মদুনা পীগদবদি ইকাইবতনি।"

" ওইথোক্লোই খনগনূ, ঐখোয় অনী চেল্লবা মতুংদা পুম্নমকসি ইমা-বাজীনা ফনবা শিঞ্জখিগনি। ফোংনা হায়রুরবদি শোয়বেদনা।"

" হেমা, ৱাফমদু ওইজবা থিবা হুরানবদগীসু হেন্না তোনবা মীগী ৱাখলনি। নহাক্না খঙগদবদি মামগী মিৎতা ঐসি মতিক চাবা মীশক অমা ওইনা উদ্রিবা ফাওবদি ঐনা নঙগী ৱা অমুক হৌদোক্লরোই। মসিমদি ঐখোয অনী মুন্না খঙনসি।"

হেমা মশানা পুখৎলকপা ৱাফম মাযথীরবগুম ইকাইবা য়াওনা নোকখি, অদুবু ঐগী ফিবেপ্পুদি লোন্না থাগৎখিবগুম উই। ইমুংদা লৈবা ইনোদা চৎনবা তাক্লম্লগা ঐ থোরক্লে।

ইমা-ইপাগী শেন্দোলগী পোৎলূম অসুম অসুম চাউবা হেনগৎলকই, মখোয় অৱাবা পন্দোন লোম্লে। থবক অমা ফংদনদি মখোয়গী মতেং পাংনবা হোৎনবদা ঐসু অসুম লূশিল্লকই। অথাপ্পা খুঙ্গংশিংদা নৌনা লিংখৎপা স্কুল খবদা ওজা ওইনবা হায়নরুই, মফম খুদিংমক্তা লেম্না থবক তৌগদবা হেক্তা ওইবন্মী। ইম্ফালদা থবক থিবা তোয়না চৎলি, কান্নফম খঙদনা হল্লকপনা হুবাগাউী ভারা পুৎথরগা তোকই। শেল খাঁজক্তসু থোক্লবা লম্বা য়েংবদা অঙাংখর খোমদুনা লাইরিক তম্বারম্মা। পোইনুদা ফৌ পীগনি হায়না মমা-মপানা পুবকখিবনি, অদুবু চহী অদু ইকং থোক্লনা ফৌ শংবাই মরিদগী হেন্না ফংখিদে। ফিভম আসিদা ঐনা প্রাইভেৎতা মখা পরীক্ষা থাবগী আশা পুম্নমক মাঙশিল্লক্লে। হেমাগী আইঃ এঃ অনীশুবা চহীগী পরীক্ষা য়ৌশিল্লকপদা ঐ খোইরাংবনা লৈতানা ফম্বা ঙম্লমদে। হৌজিক ঐগী হিংনবা উপায় হায়ববু ইনাক খুনবশিংগীদা শিল্লংবা নত্তনা লৈশিল্লক্লে। —

ৱারী মুন্না তাবম্বী মোস্রোফি কংসি খিংলকপগী খোঞ্জেল তাবদা ফিংলপ হৌগৎলি। থোইবানা মরম হংনিংদুনা মঙোন্দা য়েংলিঙৈদা

রিংফামী কন্না চেনশিল্লকখি । মহাক করিমত্তা হায়রমদনা ইমুংদা চঙখ্রগা তা অনী পায়দুনা চেম্প্লোরক্লে ।

" ওজা, নঙ অমা পায়য়ু, লাল তৌনগদৌরি । জ্ঞান-মান অমত্তা তাদনা থোইবা য়েংদুনা লৈরবদা রিংফামীনা তাক্লকই, " লমহেনবা উখ্রুলগী মথক্তা তৌগদবা লালনি , থেংনবা মখোয়গী মী মখৈ হাৎকদবনি ।"

মরম মুন্না খঙদবতা নত্তনা থোইবা ঈমু-নাইমু তান্নবগী ব্রাফমদু কন্না য়ানিংদ্রি ।

" করি মরমগী তৌনগদৌরিবা লালনো ।"

রিংফামী ফিংগৎপা হন্দে, " হাকুম উখ্রুলদগী য়াম্না লমহেনবা পাখং অনী য়ু ঙাওদুনা লাক্লগা ঈশিংখোংদগী কারকপী ঐখোয় খুলগী লৈশাবীশিংদা লক্লরকখি। থৈগৎতুনা তম্লুবা পাউদগী শাওরবা খুলগী পাখংশিংনা তান্নদুনা লমহেনবা অনীদু ফারগা মতুং তৌদনবা ব্রারকপদা হেঞ্জিনখিবদগী শিদোকখ্রে । অকোয়বদা লৈবা খুল তরাগী খুল্লাকপশিংনা থৌদোক অদুগী মরমদা ব্রায়েন তৌদুনা ব্রাতেম্নখ্রে । অদুবু উখ্রুল মীয়াম্না মদুগী মালোমদা ঐখোয়গী ইথত্তা অচেংবা তাঞ্জা য়েংদুনা খৎনবা হৌনবা লুমদুনা লাকখিবনি । ঙসি সমশাই তুরেন্দা ঐখোয় খুলগী লৈশাবী মরি লোংখোনবা চৎলুই । লৌ শূদুনা লৈরম্বা উখ্রুল পাখংশিংনা তান্নদুনা ফবীবদগী মখোয় কপ্তুনা লৈহৌরি হায়বা তম্লরে । মদুগীদমক লাল চৎকদবনি, কংসি য়ৈদুনা খুলসিদা লৈবা চহী তরামরিগী মথক্কী নুপা মখৈ কৌথোকখ্রবনি । ওজাসু চৎতবা য়াররোই ।

নুপা অমা ওইনা থোইবা রিংফামীগী খূৎতগী তা অমা লৌরবসু পুক্লিংদদি লালগী ব্রাফম য়ানিংদ্রিবনি । মোসোফিদা অমুক্তং য়েংলম্লগা রিংফামীগী তুং ইন্দুনা মহাকসু লাক্লে । লম্পাক য়ৌরকপদা চহী নৌরিবা অঙাংদগী হৌরগা অহল য়াওনা চাওরাক্লা নুপা চনীরোম পৈরম্মী । মখোয় খুদিংমক তা নৎত্রগা শীংজঙ অমমম পায় । ময়ামদু উবদা থোইবা থুক লাওই । মহাক করিগুম্বা খর হায়গে হোৎনরুবনি, নংখিদ্রে ; ময়ামদু তু রেল তম্না হোৎথনখিবনা হানখ্রে । খুল্লাকপগী তুংদা রিংফামী অমসুং থোইবা চেল্লম্মী ।

লম্বীদা চেন্না চেন্না থোইবানা রিংফামীদা হায়, " ঐখোয় মাঙদা

হায়গৎসি।"

তুরেল তাগদবা লম্বী তঙ্খাই য়ৌরকপদা উখ্রুলগী লাম্মী মশীং থীওমদনা মায়োক্লবা ব্রাংমগী চীংমায়দগী চেন্থরকপা উই। মখোয় লালগী খোল্লাও লাউরক্লি। কাওবু অনী তুরেল য়ৌবা হানবা তান্নগদৌরি।

হুইনিংগী মীশিংনা তুরেল য়ৌবা হাল্লে। খুল্লাকপনা লাল্লোং শীনবা ঙাইদুনা পূল্লপ লেপলিঙৈদা থোইবানা লাউই, " ময়াম পূম্নমক অমুক্তা ঙাইবীখো,তপথবীয়ু করিগুম্বা অমত্তং হায়জগে।"

মীয়াম থোইবাদা ওনশিল্লকই। মহাক য়াম্না ঈংথনা হায়, " অশেংবা মরম খঙদনা খূৎ থোক্লবা অফবা নত্তে। লোংখোনবী লৈশাবী মরিবু কনানা উরুবগে ?"

কনামত্তা খুম্লক্তে। থোইবা মরম থি, " মখোয়বু ওৎপী হায়বদু কনানা উরুবগে, পাউদু পুবকপা মীনা কনানো ?"

মীয়াম্না লাউরকই, " খুল্লাকপা খঙবনি।"

থোইবাগী মনাক্তা লেপ্লা খুল্লাকপনা হায়," রুইথিংনা, রুইথিং পাউদু ময়ামদা তম্মু।"

রুইথিং ক্লাস ফাইভতা তম্বা চহী তবামরিগী নুপা মচানি, মাগী পঙজবা মতৌ থোইবানা খঙঙি, মনাক্তা কৌশিল্লি।

" রুইথিং,হাযয়ু,থৌদোক্তু নঙনা তশেংনা উহৌব্রা, মীনা তম্নকপ্রা ?"

" ঐনা উহৌবনি।" রুইথিং চোংথোবকই।

" করিনো নঙনা উহৌবা ?"

" মখোয় লৈশাবী মরি লোং পায়দুনা তুরেল খোংনুংদা চেনখি।"

" করিগীনো মখোয় মরিনা চেল্লিবা?"

" খঙদে।"

" মখোয়বু মীনা তানবা উব্রা?"

" উদে।"

" মখোয় নত্তবা মী অতৌদি অদুৱাইদা উব্রা ?"

" তুরেল ব্রাংমা মথক্কী লৌসিদা উখ্রুলগী মী খব থবক শূবা উই।"

" নঙনা ইপা খুল্লাকপদা করি তম্মি ?"

" ঐনা খুল্লাকপদদি করিসু তমখিদে ।"

" কনাদা তমখি?"

" ঈশিংখোংদা লৈরম্বা পাখং লৈশাবী খরদা ।"

"করি হায়না?"

" লোংখোনবী লৈশাবী মরি কন্না চেনখি , উখ্রুল নুপাশিংনা তানবা ওইরমগদবা মাল্লি ।"

খুল্লাকপা শাওনা চিখৎতুনা লাউরকই, " অয়ে ! কনা কনা পাখং লৈশাবীশিংনো ঐঙোন্দা পাউদম্লবদু ? মখোয়না হায়রম্বদি উখ্রুল পাখংশিংনা লৈশাবী মরি ফাবীবদগী কপ্তুনা লৈহৌই অসিনি ।"

খুল্লাকপা খর ঈংথরকই, " ঙাইখো, ব্রাগী ময়েক শেংনবা লৈশাবী মরিদা হান্না হংফম থোকই ।"

পাখং অমনা লাউরকই, " উখ্রুলশিং য়ৌশিল্লক্লে ।"

খুল্লাকপনা হায়, " য়ৌরকসনু ঐখোয় হৌজিক খৎনবা য়াদ্রি ।"

থোইবা পান্তরগী মনাক্তা চঙদুনা ব্রা খর তানৈ । পান্তরনা মীয়ামদা হায়, " ময়াম পূম্নমক ,ওজা ঐখোয় অনী উখ্রুলগী মীশিংগা ব্রা ঙাওনগে, তপথবীখো ।"

হুইনিংগী মীয়াম পূংদোঙ অমদা পূল্লপ ফমখিবা উবদা লাউ-খোংলম্বা উখ্রুলশিং তুরেল মপান্দা লেপখি । খুৎলাই য়াওদবা পান্তর অমসুং থোইবা তুরেল লাম্থোক্তুনা উখ্রুলগী পান্তরগা খূৎ শোক্লখ্রে । উখ্রুল পান্তরগী তেংবাংবা অমগা মখোয় মরি লাপ্তুক হন্দোক্তুনা য়াম্না ঈংনা ব্রারী শানৈ । তাঞ্জা অদুমক্তা মোসোফিনা মাঙ চিংদুনা অতোপ্পা লৈশাবী মরিগা লৌবুক শম্না চেল্লক্লম্মী । মোসোফিনা লাপ্তুক লাউরকখি, " মখোয় লৈশাবী মরিদা উখ্রুল পাখংশিংনা করিসু তৌরকখিবা লৈতে । পাখংশিং উবদা মখোয় ইকাইদুনা চেঞ্জবনি ।"

হুইনিং নুপাশিং চোপ্পা নংলে। উখ্রুল মীয়াম ঙাইহাক ঙ্রুং ঙ্রুং নিল্লি। অদুবু লৌথুপ লৌকোই লৈতবা লৈশাবীশিংগী পাউজেন্দা মখোয় পেঞ্জে।

পান্তর অনীনা ব্রাফমদু ফজনা চমথোক্লরবদা ময়াম শাওনরম্বা পূম্নমক নেমথনদুনা তুরেল খোংনুংদা অমগা অমগা খূৎ শোক্লে, কোন্নদুনা নোকমিন্নে অমদি ব্রারী শানৈ। খৌরাংবা কোক্লবা তুরেলগী ঈশিং খুজোক

খুজোক থক্লরগা মফমদুদগী ময়াম নুংশিনা কায়নরে ।

হল্লকপা লম্বীদা ওজা থোইবাবু মীয়াম্মা থাগৎনৈ । অদুগা থোইবানা মোসোফিগী লৌশিং অমসুং থৌনাদা ঙক্লি ।

# ১৮

মনা পৃঙবা উচান পান্বী অমগী উরুমদা নুংগী ওমচাক্লবা কোকহন্নবা হোৎনবদা মশাদা অঈংবা নুংশিৎ য়েহন্দুনা থোইবা লেঙদনা ফল্লম্মী। মহাক্লা নোংপোক্লোমদা য়েংখিবদা অৰাংবা চীংজাউ নাপোমদা সিরোই খুল উই,খারোমদনা উখুল,অদুগা অৰাংদা ফুংচম। নোংচুপ্লোমদগীদি তোলোইবু থৎলিবা ফরাফং অরা চীংজাউনা মাবু নক্লা য়েংথরক্লি। অশংবা অতিয়া,লৈচিলগী ফিজঙ,লেপ্তুনা হোংলিবা নোংথক্কী শক্তম,কৌজেং, হারিগী খোঞ্জেল, পূম্নমকসিনা মহাক্কী পুক্লিংবু জোৰার কাহন্নবা মরম ওইরি। মহাক্কী ফমফমদগী খোঙকাপ কুনলোম কূমথরগা লৈবা,ঈশিংনা মপুক থল্লবা পরী অনীরোমগী লৌফম অদুনা চীংথক্লি হায়বা কাউহনবতা নত্তনা থম্মোয়বু ঈথক হৌহনবা তেংবাংলি। থাপ্লবা লোক্লুংদগী পুরকপা নাশিখোংগী ঈশিংনা ফৈদোম পূম্নমক ঈমায় চোলহল্লবা তুংদা অপিকপা ঈথোঙশিংদগী পাথদুনা তুংদুং তুংদুং থারিবা তালদু চিত্রসেনগী পূংলোনগুম শুম্লরি । মশক লোৎতুনা শোরারেল জগোই শাবীশিং শোয়দনা কূমথরক্লমগদবোই নীংঙি। লৌগী অকোয়বদা তখেল্লে, ইঙেল্লে অমদি মোদোল্লেনা নাপল তান্নবদা ইঙান ঙানখ্রে । পামেল উশাশিংদা তোংদুনা চোকথবা লৈতনা খোংলিবা পোম্বী চেক্লাশিংনা শুম্লোইদবা তাইবং কনাসু লৈরোই। মশামকপু কাউথোকচরবা পাখংগী তুংলোমদা হুরানবগুম লোন্না লাকখিবী লৈশাবী অমনা লৈমায়দা মখোঙ কন্না দঙ থীল্লগা লাউরে,“ খং ! ”

থোইবা তশেংনা য়াম্না থীনা খংখিবনি,কুট অমরোম ৱাংনা চোংখৎলি,লৈদুনা য়েংলকপদা মপূং-মরৈ ফারবী লৈশাবী অমগা খর নহা ওইরিবী অমগা মতুংদা নোক্নুনা লেপ্লম্মী।

" মোসোফি ! নঙ শিনিকো !" পাখং মিহুল ফাথদুনা চৈরকখি।

" করিগী শিজরুনি, ওজা?"

" ঐগী থৱায় পূম্নমক পাইহনখ্রে।"

" হেমাগী মনাক য়ৌনা।" মোসোফি ইশি শিনা নোক্লি। " মদু ফরবা নৎত্রনে?"

" করিগী? মিংদু নঙ কাউদ্রে?"

" মাগী মনাক য়ৌরুরবদি নুংশি ৱারী ময়াম খোমদুনা পুরক্নুনা ঐঙোন্দা তাহল্লেদনা। নঙনা মাবু নিংশিংদুনা লৈবনা ৱারীদু ঐঙোন্দা অসুম নকশিল্লক্লে।"

" করি ৱারী?"

" হোয়নে,নঙগী নুংশি ৱারীদু। পূমঙাও ঙাওরে নুপা অমা হেমাগী মিং পল্লুবদা।" মোসোফিগী লূববা মিং অনী নীংখা তন্না লেঙলি।

" মিংদু থাইনগীনি, মনখ্রবনি। মোসোফি,নঙগী ৱারীদুম লীরম্মু।"

" মল্ল মল্লগা অসুম নুংশিবা হেনগৎলকপা মিং লৈবনিদা। ঐখোয়গী মিংদি নুংশি লৈনম চেন্দ্রি,ৱারী খোইজংলোই।"

" ঙাইখো,কান্নদ্রবা ৱাদু। নঙগী ইরোইশিংদি?"

" ননাক্তা ঐনা লাকপগী মরমদি হংদ্রগা অা মথক্তা শজিক চাদুনা লৈজবিবা ইরোইবু খল্লুরিবা কবিগীনো? নঙসি ঐগী ইবোই শেনবা মীরা?"

" হোয়নে,ঐ শেলহৌরগে নঙ হনখ্রো হায়রিবনি।"

" নঙনা ঐগী ইরোই শেল্লবদি ঐনা নঙবু শেনগনি।"

" যঞ্জেন্নহাগী মথৌ নির্ংশিংঙু।"

" ঐনা শেনবা মীগী মনাক্তা লৈবদা অকায়বা লৈত্রা?"

" লৈতে হায়না খনবা লানগনি।"

" ইস! ঐবু কিত্রনে ওজা? কিগনুদা ঐ নঙগী ৱারী তাবা লাকপনি। সে,লীদুম লীবো।"

থোইবাগী মনাক নক্লা ফমথরকপী মোসোফিগী মাযথোং উচান মনা লিংনা লাকপা নুংশানা য়ৈরবদা পূমঙাং ঙাংহল্লে। থাপ্লা উবা চীংদোনশিংদা কুপ্লম্বা লৈচিলনা তপ্লা তপ্লা পাইথোকখ্রবদা তাম্নাশিংনা খোম্থাং য়ৈনা খোংলকই। খোইনিং অমসু মখোয়গী কোকথক্কী উশাদা তোংদুনা তাম্নাগী খেঞ্জেল থংনবা হোংনরি। মোসোফিনা মনাক্তা শাৎপা ইঙেল্লে অমা থৎতুনা থোইবাগী মমায়দা পোপ থারগা অমুকসু তকশিল্লকই।

" হায়রো, করিগী নঙনা হেমাবু লুহোংখিদে। "

" মাগী ৱারীসি তোল্লসিদা, মোসোফি।"

" করিগী তোক্কনি, নুংশিবীগী ৱারীদি লীথোকপগী পেনবা নাইদে হায়নবদাইনে ? "

" মদু ঙল্লিঙৈগীনি, থেংলক্লবদি থম্মোয়দা মৈচাক হাপ্লবতনি।"

" মৈচাক্তু মুথৎকে হায়বগীদমক ঐ ননাক্তা লৈবিবসিদি, লীরোসে।"

থোইবা মোসোফিদা ঙাইহাক ঙক্তক যেংঙি। অতোপ্পী নুপীমচাদুনা মবোল কয়া খঙদবগুম ইরোইশিংনা লৈবা মফমদা হেন্না পুক্নিং চংলি। ঙাইহাক মাঙদা তাবা উচান মনা খূবাম অমা পায়খৎলগা পান্দম য়াওদনা চাইখাইদুনা শান্নবম্বা থোইবা ৱারী হৌরকখি।

— লাইরিক মখা তমথবা ঙমদ্রবদা ঐ থবক থিদবা যাদবা মতাং থোক্লে। শিল্লোংদা থবক অমগীদমক ইন্টরবিয়ু চংলুবদা হল্লকপগী ভারা কোন্নদবদগী অঙাং ওইরিঙৈদা খঙনখিবা বাবুরাম কৌবা হোজাইদা লৈবা নুপা অমগী যূমদা পন্দবা য়াদবা তাঞ্জা থোকখি। মতম খর লৈবদুদা ঐ তাদ বাবুরামগী লৌ-ইঙ্খোল শূবা মতেং পাংলম্মী, অতোপ্পা মীশিংগী মারা থাবা অমদি নিংথম লৌ-শূবদসু য়াওখি । মদুদগী ফংবা শেলনা যূম য়ৌনবা ভারাদি কোন্নরে খল্লকপা মতম্মক্তা চংনবা থৌরাংসু অদুম হৌরবনি। হোজাইদা ঐনা লৈখিবসি পারুবদা থাখাই অমরোম্মু ফারম্লে। ঐ মথং নুমিৎতি য়ূম পাংলগনি, মথৌ চিঞ্জরবা ইয়াম্বা বাবুবামগী থবক খজিক্তং পাংনিংবনা লৌদা চৎপা য়াওরম্মী। ঐখোয় অনী শগোল হৱাই ফোযরিঙৈদা পুলিস অনীগা অহল অমগা লাকখি। লাপ্তুক লেপখিবা অহলদুনা ঐখোয়দা খুদোমবী থিল্লগ হায়, " য়েংবীয়ু বাবুখোয়, মখোয়সিনি

ঐঙোন্দা তত্তনা ধমকা তৌরিবা। মপানা ঐঙোন্দা তশেংনা য়োল্লল্লবা লৌসিদা ঐনা শগোল হৱাইসি হুঞ্জবনি, অদুবু মখোয়না নমদুনা ফোয়রি। বাবুরাম হায়বা অঙাংসি ওন্থোক্লা ঙকচাও থেকপনি। অমসিনা মণিপুরদগীনি , লাইরিক হৈরে মতাগুম মী উশিংখিদ্রবা, মতিক মপা চাদনা চাউনা চাউনা ঙাঙজবা শাই, মানা ইনশিল্লিবনি।"

পুলিস অমনা লীচৈ থাঙ্গৎলগা কন্না লাউরকই, " পাখং অনী, অসিদা লাও।"

ঐ মরম খঙদবনা তাদ বাবুরামদা য়েংলম্মী। শাওগে তৌরম্বা তাদদু মশাবু ফাথরগা খুমখি, " হুজূর, লৌসি ইপানা নীল্লম্বনি, ঐখোয়গীনি। হৱাইসি ঐনা হুঞ্জবনি।"

তাদ বাবুরামগীদু হান্নদগী ৱাফম খর চৎথনরক্লবগী মওং মাল্লি। মহাক্কী ৱা তানিংদ্রবা অতোপ্পা পুলিস নুপাদুনা ঙংলকখি , " হে লমহেনবা, থুনা লাও হায়রগা। পীনিংবা পাউখুম থানাদা, কোর্ত্তা পীরো।"

তাদ বাবুরাম ঐখোয় অনী কোমগী ঈশিংদা খোঙ-খূৎ হামদোক্লগা পুলিস অনীগী মতুং ইল্লে। থানা য়ৌরবদা ওঃ সিঃ না ঐখোয় অনীবু জাবান লৌরগা লোকপ্তা থল্লম্মী। মথং নুমিৎতা নগ্যাঁও লৌরুংশঙদা ঐখোয় অনীবু পুখৎখি। মফম অদুদা তাদ বাবুরামগা অহল অদুগা অশেংবা লৌপ্ মুন্নবগী কেশ চৎথৈ। খুঞ্জা অহল অহুম্না তাদ বাবুরামগী মায়োক্তা শাক্ষি পীখিবদগী মহাক মায়থীরে। লৌ অমসুং শগোল হৱাইগী মপু অহলনা ওইখ্রে, অদুগা ঐখোয় অনীবু থা অহুমগী মিয়াত্তা জেলদা থারম্মী। তাদ বাবুরামগী মচে কোর্ত মনুংদা থম্মোয় শোক্লা কপহৌই।

জেল মনুংদা তাদ বাবুরাম্না লীখিবা ৱারীদগী খঙবদা ফংত্রবা অহলদু হোজাই লমদমদা তাবা মৈতৈশিংগী মরক্তা খ্বাইদগী ইনাক খুনবা মীনি। ইমুং-মনুংগী অনা অয়েক দযা লাকপদগী শেল পুৎথরবা বাবুরামগী মপানা লৌফমদু অহল অদুদা বন্ধক থমদুনা লুপা চামা পুরুই। বাবুরামগী মপা লৈখিদ্রবা তুংদা লুপা চামা শেন্দোইগা লোয়ননা শিংদোকখ্রবনি। মতম খর লৈরগা মহাক্কী মচে লুখ্রা ওইনা মপামদা অঙাং অনী পুদুনা হল্লক্লে। নোংমা অচিকপা তাঞ্জা য়েংদুনা লাকখিবা অহল অদুনা বাবুরামগী মচেবু থেম্লে, " ঐনা হায়বা য়ারবদি লৌফম অমা নঙোন্দা নামা পানবীগে,

তুংদসু অৱাৎপা অমত্তা লৈহল্লোই।”

উশিংপীদ্রে খল্লুবদা লুখ্রাবীদু শাওবনা মৈ হৌখি, “হনু মালৈ কারবা খুড়ানা ঐখোয়সি শান্নপোংকুম উবীরে। য়াম্না উশিংপীদ্রে। ৱাফমসি অনীরক হনবীরক্লবদি যূমগী ইন্দোন অহুম্মক্তা ৱাহোমজগনি।”

অমুক হল্লকখিদ্রবা অহলদুনা নোংমা বাবুরাম্না লৌ খোইরিঙৈদা হায়রে, “বাবুরাম, লৌসি ঐগী ওইখ্রবনি, খোইরুরনু ৱানবনি।”

নহা ওইবগী হৌনবী শাওবনা মৈ হৌরবা বাবুরাম্না যাম্না থীনা অহলদুদা চৈখি, খৎসু খৎনখি। মদুগী মলোমদগী করাম চাউবা ফৎত্রবা অহলদুনা ঐখোয়বু অৱাফমদা থমখিবনি।

থা অহুম জেলদা লৈবা মতমদুদা ঐ যূমলোমদা চিঠি অমত্তা পীখিদে, মরমদি ঐনা অৱাফমদা লৈবগী পাউ ইমা-ইপাবু খঙহন্নিংখিদবনি, হেমানা তাখিগনি হায়বসু য়াম্না কিখি। জেলদগী থোরকপা নুমিৎ হুম্নি শুবগা ঐ মণিপুরগীদমক হোজাই থাদোক্লম্লে। কায়নবগী মীকুপ্তুদা তাদ বাবুরাম্না ঐবু কোন্দুনা কপ্পল্মী।

মণিপুর য়ৌরকপদা ঐ ইম্ফালদা পল্লমদনা যূম তম্লকই। নুংশিরবা ইমা-ইপা অমদি ইচলবু উনগদবা ইকাইবতা নত্তনা কিবসু ফাওরে। লুনা খঞ্জবা যূম চঙলকপদা ফাওখিবা হঙ্গোযবদুনা ঐগী ইরাল লৈরে হাযবা তাক্লবনি। য়াচংবা মতুংদু ঐ হল্লকপগী পাউনা ঐখোযগী ইমুং মীনা পিক থল্লি। খরদি থোঙজিন কানশিল্লকপগা হরাওবা ফোংদোক্লে।

“যূম -ইঙ্খোল কায়খ্রবসু, লৌ মাঙখ্রবসু থোইবানা তলব চারবনিনা মমা-মপা অনীগী অৱাবা কোক্লবা মতম লাক্লে।”

ময়াম্না ঙাঙনখিবদু ঐ ময়েক শেংনা ভাব তাবা ঙমদ্রবসু ৱাফম অমদি উরে; ঐনা থা মরি যূমদা হঞ্জিল্লকখিদবগীদমক ইমা-বাজীনা অশাওবা অমত্তা উৎতে; তমুবীগী মায়থোং লংত্রিক লংঙি। অসুম খল্লিঙৈদা তমুবীনা মহাক্কী উপুদগী চে অমা পুথোরকখি। চেদু ঐনা হাংদোক্কুনা য়েংবদা পোষ্ট অমসুং তেলিগ্রাফ ওফিসতগী থা অনীগী মমাঙদা ঐঙোন্দা থারকপা ওইরম্লে, থবক হাপ্পগীনি। চিঠিগী অরোইবদা নুমিৎ তরামঙানিগী মনুংদা শিল্লোংগী ওফিসতা লাক্কুনা রিপোর্ট তৌরদ্রবদি এপোইন্তমেন্ট ককপগী ৱারোল য়াওরি। মতম হেন্দোকখ্রবনি, ঐনা য়াম্না ৱানা

হোৎনজখিবা থবক্কী মহে অরেম্বদা হৈদোকখ্রে। ঐ চেগী মরোল বাজীদা তাকপা ঙমদে, নুংশিরবী ইমাদসু হঙ্গৎনা য়েংনবা থৌনা লৈখিদ্রে। তমুবীনা ঐগী ইতৌ খঙদুনা লৱাই লুতোন্দগী লাউথরকই," তাচৌ,নঙবু নহাল মখৈ শিল্লোংদা ওফিস কাদুনা লৈরুবা নৎত্রনে?"

তমুবীগী ৱাহং অদুদগী ময়াম্না ঙাঙনখিবা মরোল খঙলক্লে, ঐ থবক ফংদুনা শিল্লোংদা ওফিস কাদুনা লৈরুবনি হায়বসি মখোয়গী ৱাখলনি। ঐ খুম্বা ঙমখিদ্রে,ঙক্তি মফম খঙহৌদনা হাইখি। তমুবী ৱারৌনা কপ্লকপদা ইমা মপান থোকখিরম্মী। বাজী খম থেংনা পেনখিদে,মকোক্তা মখূৎ থমখি।

" খঙলে, ঐসি ঐদগী হেল্লু তমখিদ্রবনি।"

" থবক্তু থোইনা পামখিদ্রে।" বাজীগী অৱাবা ফাথনবা হোৎনবদা ঐ ওইদবা ৱা ঙাঙবা তাখি।

" করি? অহৌবদগী ছোতু সাহেব ওইরগে অসিনিনে ?" বাজী শাওবনা মশা থক থক নিকই। " হন্দক্তা ইম্ফালদগী লাকপা হায় স্কুলগী হেডমাস্তর আসিনা হায়রিবদি তরাই তরাই ফংবা ঙম্বা থবক নত্তে । ইম্ফালদগী মখোয় কুনমুক ইন্টরবিয়ু য়াওরুবদা অমত্তসু খল্লকখিদ্রে। অদুগা নঙনা মশীং থাশাদ্রিবা। ফরে ফরে,নমা-নপা ঐখোয়সি ৱাজৌ তম্লক্লবনিনা খাঙলগে।"

হরাওবা ফোংদোকপা লাকখিবা লৈকাইগী মী পূম্নমক ঐবু তৌবীমল খঙদবা মচানি হায়না চৈরম্লগা নুংঙাইতনা হন্নখি। ঐ তুমিন খাঙলম্মী।

পূন্না চাক চামিন্নবগী হরাও নুংঙাইবা ফাওরবসু ঐ ইমা বাজীগী মাঙদা মায় থাঙ্গৎপা ঙমদনা লৈরে। মথং নুমিৎতগী শেল তানবগী থবক তৌরগে হায়না পুক্নিংদা চপ চানা লেপ্লম্মী। মমা-মপাগী পোৎলূম থাংথবা ঙমদবা মচাবু কনানা মশীং থানগনি,খন্দবা ঙমখিদ্রে।

ইয়ূমদগী হেন্না নুংঙাইবা পোত্থাফম কদাইদা লৈবগে,থা মরিগী তুংদা ঐ কয়াগী মতিক নুংঙাইনা তূম্বা ফংজরে। অদুবু মীকপ থোরকপদা ইমাগা বাজীগা শান্নরম্বা ৱারীনা ঐগী থম্মোয় য়াম্না শোকহনখি। তমুবী কপ্লকপদা ইমাসু য়াওশিনখ্রে।

" অসুক ৱানা শাজখিবা য়ূমসি থাদোক্কুনা চৎপা তারবকো।" ইমা কপ্পা কপ্পা ঙাঙলকপনি।

" পাম্মুই-নুংশি হায়দুনা কৈদৌরুনি। য়েংঙু,য়ুম্বীশিংসি মাইল কুন লাপ্পা শেক্তোই কারোংদগী তুরেন্দা ৱানা চিংদুনা পুরকখিবনি। উয়িন উখোক্তেন অমসুং চূম মখোঙ মরিসি শুগ্নদগী ইরোই কাঙ্গোৎতা চিংলকখিবনি। য়াঙ উরেনসি শাবদা ইবাই থম্বাল মখোঙ শোক্তুনা হৌজিক ফাওবা শোইনাইরে।"

" কুপ্পবা ই হোনবদনা ৱাখ্রিবা, লৱাই তাংখ্রবনি। অসিবু করম্না থাদোক্তুনা চৎকদৌরিবনো?"

ইমাগা তমুবীগা শুৎ শুৎ কপ্পা লেপ্তে। হংলুদ্রবসু ঐগী ৱাখলনা লাম্বদা ফাওরে, য়ূম-ইঙ্খোল য়োনখিরম্বা তারে। থৌনা লাকপদগী লাউনা ঐ মরক থৎখি।

" ঙাঙনরিবসিবু করিনো?"

" নঙদি খঙলোইয়ে," তমুবী শাওগৎলকই," য়ূম-ইঙ্খোল য়োনখ্রবনি। থানখিবা নুমিৎ শুদ্রিঙৈ,হংচিৎ য়ূমশকৈশা নুমিৎতা ঐখোয় হোংবা তারবনি।"

" কনাদা য়োনখ্রবা? হোংগদৌরিবনা কদাইদা?"

" য়ূমজাও ময়ূম্না লৈখ্রে। মখা চীংয়াদা লৈবা তারেদনা।"

" অস ! অদুদা !" ঐ ইশাবু হন্থনা খঞ্জবতা নত্তনা হায়ফম খঙদনা চাক্লম্মী।

" অদুদা নৎত্রবদি লুপা যাঙ্খেনা ফংবা য়ূম্ফম কদাইদা লৈরি ? হৈনীং মরূ অমগা য়ূম্ফম অমগা ওন্নবগী মতমদু লোইখ্রে।" ইমা কন্না ঙাঙলকপদা বাজীসু শাওনা থৌদেম্লকই।

তমুবীনা শমথৈ," য়ূম শাবা লোইখ্রে,বাজীগী মরুপ মপাংশিংনা য়াম্না পাংবীখিবনি।"

ঐগী মায়থীবগী চাং ৱাংঙি, তমুবীগী অৱাবা নৈনদবা ঙমদে।

" পোৎ-চৈ হোনগদবা ষনগাড়ীশিংদি শেল লৌবীরোইদবা থিসিকো।" ইমানা হায়খি।

" হায়নরুরে,মঙাবু শুরে,ঐখোয়গী অৱাবসি উবীদুনা পাংবীগে হায়না চোংথোকপীরকপা ঙাক্তনি।"

ঐখোয়গী ইমুং খ্বায়গী মিৎয়েংদা অসি য়ৌনা তোন্থরবা,ঐ স্বর

শাংনা শাংনা হোল্লম্মী। খঙহৌদনা খেকলকপা নোংগী অহৌবা খোঞ্জেন্দা ইমুংগী মী পূম্নমক ঙাইহাক তুমিন তুমিন লৈনৈ। অমম্বদা ইমাগা তমুবীগা কপ্পদি লেপ্লে। ঐগী খঙনিংবনা থৌনা অমুক্ হাপ্লরে।

" বাজী করি অচিনবা লৈবদগী য়োনখ্রিবনো।" তৌরম্লিবা থবক্তু ঐ য়ানিংখিদে।

" লৌগী কেশতু নঙ কাউরব্রা? মদু ঙম্নবা হোৎনবদা।"

" কেশতুবু হৌজিক করম তৌখ্রবগে?"

" ঐখোয়না ঙম্লেদনা।"

কেশ ঙম্বা মীনা অচুম্বা শকপসি আইনগী ৱাহৈনি,মবম অদুনা লৈবাকসিদা শেল লৈজদবা বাজীগুম্বনা অচুম্বা শকপগী তাঞ্জা লৌবা ঙম্লমগনি হায়বসি থাজবা ৱাৎলি,অরায়বা থবক নত্তে। ঐগী খঙনিংবা অমুক্কসু খংহেন হেনগৎলকই।

" করি উপায়না ঙমখ্রিবনো?"

" লাইনা থারকপা অহল অমগী মতেংদগী।"

" কনানো?"

" খঙদে,লাইনা থারকপা হায়রিবসিনি।"

বাজীগী ৱাদা করেম্নবা য়াওরি খন্দুনা ঐ তুমিন লৈরবদা ইমানা ময়েকশেংহল্লকই," অহিং অমা য়ূমসিদা থুংলম্বা অহল অমগী পাউতাক্তগী। নুংঙাইজদবদি মহাক্কী মশক মমিং তাক্লমদ্রে,চৎখিফমসু খঙহল্লমদ্রে।"

মশক তাক্তনা মীওইবগী কান্নবা তৌবা মীবু থৱায় অথোইবা কৌরোইদ্রা? ঐনা অহল অদুবু উখি খঙখিবা লৈত্রবসু পুক্লিংনদি থাগৎতবা ঙমখিদ্রে। বাজীনা মখা লীথরকপা কেশকী ৱারী তারগা শকখঙদবা অহলদু হেন্না হেন্না নুংশিরকখি।

ইমা-বাজি অমদি তমুবীগী পুক্লিং শোন্থহন্নিংদবনা য়ূম হোংবা নুমিৎতু মপান্থোংদা অৱাবা উৎত্রবসু নুংদদি চপ চানা চাকখি। অনীশুবা লাঞ্জাও মতমদা সিফাইশিংনা পীরম্বা পোৎ কয়া ফমথক শগাইদা লোৎতুনা থমখিবশিংদু নিংশিংলক্তুনা লৌথরুই। মখোয়দুনা অঙাং ওইরিঙৈ পুন্সি নিংশিংহন্দুনা ঐবু হেন্না ৱাহল্লম্মী।

ঐখোয় চীংখোংদা য়ুম হোংলে হায়বা হেমাখোয় ইমুং তারমগনি থাজদে; বাজীগা মামা তোমালগা উনদবা মতম কুইখ্রবনি। কান্নবা ফংখিদ্রবা ইন্টরবিয়ুগীদমক পুশিল্লুবা শেল শিংদোকপা ওইনা হেমাগী নাক্তা ঐ নোংমা চৎলুগে খল্লম্মী। থবক চঙবগী নুংঙাইবা পাউ লোয়নরবদি কয়াদা মায় পাক্কনি, হেমানা কয়াগী মতিক হরাওগনি খল্লুবদা ঐ খাঙঙমদনা ৱায়। শোয়খ্রবা থবক অদুগীদমক নুংনাংদুনা মঙোন্দগী থৈবা অমদি মহাক্কী শেল কুইনা শিংদনা লৈথোকপা অচুম্বা থবক নত্তে লৌই। মরম অদুনা মরুপ-মপাং খবনা মোরে-তুমু মায়কৈদা কোনচাক থিবদা শেল য়াম্না ফংনৈ তম্লবদগী ঐ মখোয়গী তুং ইন্দুনা চৎলে।

লাইবক লৈবা খোঙচৎ থোক্লুবদগী অশুকপা লোক্লুং অমদা মৈ হৌদুনা তাশিল্লম্বা এরোপ্লেন অনী ঐখোয়গী কাঙবুনা থেংনখি। মদুদগী ফংবা কোনচাক ময়াম মোরেদা য়োনবদা মী অমমম্না লূপা চামা চামা ফংনদুনা যূমদা হন্নরকখি।

ইমাদা লূপা কুন পীরম্লগা ঐ মথং নুমিৎতা ইম্ফালদা হেমা উনবা চৎলম্মী। মখোয়গী য়ুমদা মৌপ্পা তোম্বা নত্তনা কনাসু লৈরমদে, কলেজ চৎখিবী মচে হল্লকপা মতম খর ৱাৎলি তাক্লকপদগী ঐ ফল্লমদ্রে। হেমানা হল্লক্কদবা অচৌবা লম্বীগী মপান্দা লৈবা চা হোটেল অমদা ঐ মহাকপু ঙাইরম্মী। চানিং-থক্লিংবা কয়া পোক্ত্রবসু মতম লেন্নবা চা-বোরা কৌরে। হোটেলদু কাল চঙলম্লে, মনুংগী অমমম্বা কা অমদা তপ্না ৱারী শানরম্বা পাখং অনীগী খোঞ্জেল অসুম অসুম কনখৎলকই।

" ভাঈ, হেমাসি ঐগী থৱায়নি। মানা ঐবু নুংশিবগী চাংসি ৱাংখ্রবা জাৎনি।"

" মানা মরুপ্পু নুংশিদ্রবদি কনাবু পাম্মুগদৌরি?"

" হোয়নে, অদুম্না হায়যুনে ভাঈ, পংখাই অমগা লৈথোক্কে।"

" মানা নঙোন্দগী করি হেল্লি, লাইরিক হৈবদা, ইনাক খুনবদা, শক ফজবদা?"

" অদুদি হায়নুহে, ফজবদি মানা য়াম্না হেল্লিদা। মামুক ফজবী লৈশাবী নঙ কয়া উখ্রবগে? "নিশা কারবা পাখং অদুনা কল্লপ লাউরকই, " ইনে, পংখাই অমগা, খিত্তা থুবীরকউ, য়ৌরকপনা হাল্লনি।"

" হেমা নঙগীদমক লম্বা চপ চাবীনি।"

" য়েংঙু ভাঈ,ঙসাই মখোয় কাগী থোঙনাউদগী ঐ ঙাইরমগে হায়না ইঙ্গিৎ তৌরম্বনি, ইকাইমাল্লে নোন্থখি। নুংশিকো সৈত্য।"

" অদু হৌজিক উনরনি,করি হায়দৌরি?"

" করি হায়রুনি,অথেংবা অহিংদা লাক্কে,উনসি লোইরেনা।"

পাখং অনীগী ৱারীদা ঐ স্বর ফুনবগুম তৌই,ইথন্তা হংজে — ' অহিংদা থোরক্কদ্রনে?' ঐনা খোইরাংনা হংবা ৱাহংদুমক অতোপ্পা পাখংদুগী চীন্দগী তায়।

" হেমা থোরক্কদ্রনে?"

" করিগী থোরক্তনি,হেমা ইংলিস ফিল্ম য়েংবীনি,ইন্টরবিয়ু পামজখ্রবী। ঐনা পায়রিবা থম্বালসি পীগেকো,মদুদা নঙ মাগী ৱাখল খঙহৌ,ঐনা হায়বা য়াবগী চাংদু।"

" থম্বালসিবু লৌখ্রবা,শোয়দ্রে ভাঈ,মানা নঙবু নুংশিরে। দুকান প্লোট অমসু উল্লক্কনি হায়নৈকো। অহল মশেল য়ানখ্রবা কলিকাতাদা লাইরিক তম্বা নুপা অমা লৈ হায়নবদু কচ্চা।"

" হেরা ভাঈ,নঙসিমা,মখোয়গী ৱাদু মশানি। অদুগা ঐ অউনপোৎ পাম্বা মীদৌনা। ঐ লৌ পামদে,দুকান পামদে,ঐনা পাম্বদি হেমানি, হেমা। তাঞ্জা ফংবদা ঐ মাগী ফমুংদা থোক তৃমশিনগদৌরিবনি,অদু ওইরবদি ঐগী অদুম ওইরেদনা।"

ঐ পাখং অনীগী মী উদবা ৱারী কুইনা তাদুনা লৈবা ঙম্লক্ত্রবদা ফুক হৌগৎলগা লাউবপ হায়খি, " শেল কয়া থোক্লবগে, লৌবীয়ুবা।"

" অনা অমত্তনি।" কা মনুংদগী হোটেল মপু থোরকই।

শেল পীরম্লগা ঐনা মপান থোরকপদা হেমা মমান্নবী অনীগা লাপ্পা লাকপা উই। মহাক্কা ঐবুদি উখিদ্রি। ঐ লৈরক মচি অমদা মখোয় হেন্দোকখিবা ঙাইরম্মী। লৈশাবী অহুম্না হোটেল মপা য়ৌরকপদা হেমাবু পামজবা পাখংদুনা মখূৎ খৎতুনা কৌশিনখি। হেমা হবাওনা মাঙ থারগা হোটেলদা চঙখ্রে। মহাকপু উহনবা পামদবদগী লম্বী থৈগ্রগে খন্দুনা রিকশা অমা কৌরগা তোংখৎলে। তশেংনা মখা পাংনা চৎফম খঙদনা ঙাইহাক লাক্লবা তুংদা ঐ হেমাগী শেল শিংবা লাকপনি নিংশিংলকখি; রিকশা মখোয়

য়ূম তম্না থৌহলক্ষ্মী।

ঐনা ময়ূমদা ফমদুনা ঙাইবা ইকুই কুইদনা হেমা থোঙ্গান্দগী চংলক্লে। ঐ মহাকপু চুমদ্রিং য়েংঙি,অদুবু মহাক্তি ঐবু উবদা ইখং হেক খংবগী মওংদা শুমাঙ মতোন্দগী কৌরকই।

" তা-থোইবা কয়া কুইরম্লবগে?"

" কুইজদ্রি।"

" ইমাখোয় উনরমগনি থাজদে।"

" উনজহৌদ্রে।"

" হাইমা,কাইদা অমনি ব্যবহারদা নাম্থুরনি।"

ইমুংদা লাইরিক থম্লুরগা থোরকপী হেমা ঐগী নাকলগী চৌকিদা ফম্লে। ঐ মঙোন্দা ওনশিন্দুনা য়েংবা ঙমদে,ৱাদি হায়খি।

" নহালগীদু থমজরম্লগে।"

" নহালগী হায়বদি? নতৌদু হৈনদেকো,ঐগী চীন্দগী তানিংদবা ৱাহৈ থোরক্কনি কিবনা নঙ পোমদনা মি কারমাল্লে।"

" কুইমনখিবদগী কাউবীরমাল্লে,লূপা য়াঙ্খেদু।"

" তা-থোইবাগী ব্যবহারনা ঐবু চিংনবা অমা পোকহল্লে। মসিনা ঐগী পুক্লিংগী ৱা কয়া থৎকদৌরি। কোচি-কোয়া হৈনজদে,কৈদৌবগী লূপা য়াঙ্খেনো?"

" মীগী লমন তোনবগী অৱাবসি তোন্দ্রিবা মীনদি খঙবীফম থোক্তে,শেলসি শিংদোকচরগা অমুক্তং পোত্থাজগে।"

ফাগি পক্তবা ঐগী ৱাঙাঙদা হেমা ঙক্লা ঐঙোন্দা শংত্রিক য়েংঙি।

" তা-থোইবা,ঐ অতোপ্পগী পুক্লিংগী লোল ফাবা হৈতবী অপঙবীনি। অদুবু ঐনা হংনিংবা অমদি লৈ,শেল খরদু তা-থোইবানা ইশাগীনি খনবা ঙমদ্রবনিনে? "

" অতোপ্পগী শেলবু মশাগীনি খনবা হায়বসি হুরানবদগীসু হেন্না তোন্দ্রিব্রা?"

" তা-থোইবা,নঙগী লৌশিংদু ঐঙোন্দা ইকাইবা পীনবগীদমক থৌহনগনু। শেংনা হায়য়ু,ঐঙোন্দা শাওরিবসিবু করিগীনো?"

" হাইমা, পুরুবা শেল শিংলমগে হায়বসিবু শাওবগী ওইফম

থোকপ্রনে?”

“ ঐ নঙগী শেলদু লৌনিংদে,মরোল চুমদ্রি। নঙনা ঐবু মীতোপ ওইনা লৌবগুম ঐবুসু খলহন্নবদি হোৎনগনু, মায় পাক্লোই।”

“ ঐনা নঙবু মীতোপ্পি লৌরম্লবদি শেলসি নঙোন্দগী পূরমগদ্রা? নঙনসু পীরম্ফম থোক্কে। ঙাইখো,নঙবু শকখঙদবা মীতোপ পাখং অমদগী নখূৎনা পায়রিবা থম্বালসিগুম্বা খুদোল অমা হেক্তা লৌবা ঙমগদ্রনে?”

হেমা মখূৎনা পায়রিবা পোমশাৎনবা থম্বালদা মুন্না য়েংলম্মী, শেলগা থম্বালগা য়েৎশিন্নরকপদা পাউখুম পীবা ঙমদনা তুমিন ঙাইহাক লৈরুই। ৱাখল অমা লাকপগী মওংদা ঐঙোন্দা য়েংলগা লেমতক নোকখি।

তা-থোইবা,ঐনা থম্বালসি পায়দুনা অসুম লাকপদা খোইমু ময়াম মাগী অকোয়বদা ঙংলৈ,মদুবু করিগীনো?”

“ খোইমুনা লৈরাং নাক্তা ঙংবা হৌনশানি।”

“ ৱাফমসিদা ঐখোয় অনীগী মত অমত্তা ওইরবনিনা শেল লৌথোক লৌশিন তৌনবগী ফিরেপসু তিন্নফম থোকই। হৌজিক্তি লূপা য়াঙ্খ্রেসি ঐখোয়গী শেলনি খন্না থমজিল্লগে।”

হেমাদা লূপা য়াঙ্খ্রে পীরম্লগা ঐ মখোয়গী য়ূমদগী থোরক্লে। হল্লকপগী গাড়ী মনুংদা ঐবু ৱাখলনা য়াম্না চোকথহনখি,হেমাগা অমুক হন্না উননিংবগী হৈনিংবা পূম্মাঙ মাঙখ্রগুম তৌই।

ঐনা য়ূম য়ৌরকপদা শকখঙদবা অহল খর মাঙ্গোন্দা ফম্লম্মী। হংনবদা অহলশিংদু শুগ্নুদগী ওইরম্লে। লমদম অদুদা এমঃ ইঃ স্কুল অমা লিংখৎপদা ঐবু ওজা ওইহন্নবা হায়নবা লাকপনি। ৱাফমদু বাজীনা হান্না য়াথোক্লম্লে। ঐদি লমদমদু অমুক্তসু য়ৌরুদ্রিবনি,ফিভম য়েংখিগে হায়বা য়ানদুনা মথংগী নুমিৎতা ঐ অহলশিংদুগা লোয়ননা শুগ্নু পাংলম্মী।

ওজা মকোক অমা ওইনা ঐ নুমিৎ তরানি স্কুল কারক্লে,থৱায় য়াওনা হোৎনজে। অদুবু, স্কুল কমিতিনা তলব পীবা ঙম্লোই,সরকারনা লৌখৎপদা লাইবক য়েংজরো হায়রকপদগী ঐ স্কুল থাদোক্তুনা য়ূমদা হল্লক্লে,মরমদি তলব য়াওদনা খাঙবা হায়বসি লাইরবা ঐগুম্বনা ওইথোক্লরোই।

ঐনা য়ূম য়ৌরকপদা তমুবী পাউ তম্নিংবনা লৈঙমদবগুম ঙাইরম্মী। হেমাগী পাউ তম্বসি মা অঙাং ওইরিঙৈদগী নুংঙাইজবনি।

" তাচৌ,ইচে হেমা নহাল লাক্লম্মী। মাদি ঐখোয় অসিদা হোংলক্লে খঙদবদগী খুল্লক্কী যূমদা চৎলুরবা জাৎনি। য়াম্না ৱানা মফম অসিদা যূম থিরগা লাক্লম্বনি,শকফমদু তাইফেৎ তাইনা উই,ঐখোয়গী যূম মচাসি য়েংলগা মপি শিন্থখি।"

তমুবীনা পীবা পাউনা ঐবু নুংঙাইহনবদগী খোইরাংবগা লোয়নবা ওমচাক্লবনা খর হেল্লি। থোইদোক্লা থৌশাবা উৎলুদনা ইমুংদা চঙবদা তমুবী ঐবু তান্নরকখি।

" কৈদৌরবগে তাচৌ,ইচে হেমোগা খৎনখ্রব্রা? "

তমুবী চিংনবগা লোয়ননা ঐগী পাউখুম ঙাইদুনা লৈ। ঐ খুমদে। মাগী মোন মখাদগী গম্না চেৎনা নপশিল্লবা চিঠি খাউ অমা লৌথোক্লগা ঐঙোন্দা পীররে।

" ইচে হেমানা শিন্নরম্বনি। ময়ূমগী অচিনবা লৈরমদ্রবদি মা নঙগী লৈফম শুগ্নু য়ৌনা ঐগা লোয়ননা চৎমিন্নগে খনখিবা মাল্লি,ৱাফমদু তোয়না শোল্লম্বনি।"

ঐ চিঠি লৌই,ৱাদি ঙাঙদে। তমুবী মখা শমথরম্মী," নঙনা থা মরি আসামলোমদা মাঙলুবগী ৱারী ঐনা মঙোন্দা লোইনমক তমখিবনি। ঐখোয়দা তাক্লমদনা শিল্লোংদা নঙনা ইন্টরবিয়ু য়াওরুবদা খল্লকপগী চে মঙোন্দা উৎতুনা মখা ৱারীসু ঐনা তৌখি। চে মুন্না পারগা মহাক মপি খাল্লম্মী। ঐখোয়না মফমসিদা হোংলকপগী ৱারীদা থম্মোয় শোক্লা অৱাবা উৎলম্মী।"

মমিৎতা ঈরা চেন্না পাউদল্লিবী ইচলবু অমুক্তং য়েংলম্লগা ঐ খুদৈ অমা পায়দুনা হিদেন কূম্লকই। কনাসু লৈতবা অচীকপা তুরেলগী ঈচেল নক্লা নুঙপাক অমদা ফমদুনা ফিরৈদগী চিঠি লৌথোক্লগা পারুই।

' তা-থোইবা,

নঙনা ঐবু হেক্তা কাউথোকপা নৎত্রগা ইন্থোকপা য়ারোই।ঐখোয় অনী হৌমিন্নরকপনি,চাউমিন্নরকপনি। অঙাং ওইরিঙৈদা নঙগী ঐগী করি খায়রকখি, ইমুং অনীগী ঙমোক য়েন্নদুনা চামিন্নরকখিবা নৎত্রা? শান্নপোৎ খুদিংমক অপূনবা ওইনা পায়মিন্নরকখিবনি। নঙনা ঐবু শম পায়দুনা চিংঙি তুরেল নুঙজ্রেং মথক্তা ইন্থুই হায়দুনা ঐ নুমিৎ নীনি শুনা ননাক্তা লাকখিদবা

লৈখিব্রা? নুমিদাংৰাই লমহাংদা শান্নরিঙৈ মতমদা অকনবা নোং-নুংশিং লাকখিবদু, লৈমায়দা উপ্তুনা পুংফাই পায়দুনা খাংখিবদু, অতৈনা ঐবু হুন্দোক্তুনা চেন্নখ্রবসু নঙনদি খক থাদোক্লমখিদবনি, কাউরব্রা? লাল মনুংদা সিফাইশিংদগী পুরকপা অচাপোৎ কয়া ঐগী শরুক তম্লক্কনি খঙবনা থোঙ্গাল থোক্তুনা নঙ হল্লকপা ঙাইখিবনি। নঙনা তমুবী পোবদা ৱারক্লবা মতমদা ঐনা অমুক শিনখিবনি। ঐগী খূৎ পায়দুনা নঙনা ঐবু তুরেন্দা ঈরোইবা তম্বীখি। ঈয়াই যৌনবা পুথোকপদা ঐনা লাউই, তানিংদে হায়দুনা খুবাক্লা থারগা ঐবু পোদুনা অথেনবদা পুখৎলকখিবা কাউরব্রা? লৈরক লমজাউদা শান্নরিঙৈদা সাইরেন মখোল তাবগা নঙনা ঐগী খূৎ পায়দুনা চেল্লগা লানকোম মনুংদা বম-তোপকী খোঞ্জেল নেমথখিবা ঙাইদুনা অকিবা কয়া খাঙমিন্নখিবা নিংশিংলম্ফম থোকই। স্কুল চৎপা মতমদা ইমানা ঐবু নঙোন্দা তত্তনা শিন্নখি। হৌজিকসু মখোয়না নঞ্জু ঐগী পুন্সি লমজিংবনি করিগী খল্লোই? মসিবু ঐনা হেক্তা হায়জিনব্রা, মখোয়না নঙবু কয়াগী মতিক নুংশিরিবা।

ঐ নিংশিংলি, নখোয়দগী ঐখোযগী ইমুংনা হেন্না লাইরনা পাল্লকই। ঐখোয়গী অৱাংপা কয় নখোয়গী ইমুংনা মেল্লকখিবনি। হৌজিক নখোয়না খর শোৎথহৌবগীদমক অদুক হন্থনা খল্লুরিবা করিগীনো ? ঐনা সহরগী, কোনুংগী অদুগা নঙনা লৱাইগী মী ওইরে অসিরা ? ঐগীদমক্তদি নঙনা লৈবা মফম খুদিংমক কোনুংনি।

তা-থোইবা হৌজিক ঐখোয় অঙাং মচা নৎত্রে, ঐখোয়গী হায়বা লম্বী অমা য়েংবা মতম ওইরক্লে। নঙনা থবক থিরিবসিবু করম্বা ইমুং পুনবনো, ঐগী শরুক য়াওদব্রা? ঐদি য়াওরি খনবনা ঐগী লৈজবা পূম্নমক পূথোকপদা পাম্মুবা লৈতে। হৌগৎলকপদা ঙাইরিবা ঐখোয়গী পুন্সিনি, মতম চুপ্পগীদমক মায়থীরগদবা মীশক্লুম খোইরাং-খোইশাওনবগী শক্তম থাদোকহন্নিংঙি। ঐখোয় অনীগী পুন্সিগী লৈপুন ওইবদগী নাথৈদুনা চৎনবা হোৎনরকপা মীশক্তুনা তুংদা লাংগদবা নীংঙমদবগী মৈশা ঐনা খল্লুবগুম নঙনসু খঙলম্ফম থোকই।

তা-থোইবা, অদুদি হায়য়ু, নঙনা ঐঙোন্দা শাওরল্লিবা করিগীনো? নঙনা তাক্লিংদ্রবসু ঐদি খঙলে; শেল শিংবা লাকপদা ৱারৌবা নৎত্রগা

অশাওবা অমত্তা লোয়নরকখিদে। শোয়খ্রবা শিল্লোং খোঙচৎকীদমক অনুতাপ তৌনবা অমদি তুংদা মেনখৎনবা পঙলবী ঐগা ব্রাতানবা লাকখিবনি। নঙগী অশাওবদু লমখাংগীনি। সড়ক ময়াগী হোটেলদা তাখিবা ব্রারেম অমনা নঙগী থম্মোয়দা মৈ চুখ্রে, কন্না চাক্লমগনি। মদুদা নঙগী শোঞ্জবা মতৌদু নুংশিবগী গুণ ওইনা লৌরুবনা ঐনা নঙবু ব্রারৌদে। মুন্না খল্লুরবদি ঐনা নঙোন্দগী শরুক চামা হেন্না ব্রারৌফম থোকপনি, ঐবু অদুক য়াম্না থাজরল্লোই অমদি মমল লৈতনা লৌরমগনি হায়বসি খঞ্জবমকসু ঙমখিদে।

ঐনা থম্বাল অদু খূৎতা ফংবগা তা-থোইবানা মাঙ্গোন্দা ফল্লম্বদা গোবিন্দবু কন্না থাগৎখি, থম্মোয়নুংদা পেঞ্জবনা নোকচখি। থম্বালগী ব্রারীবু ঐগী পুন্সিগা কবম্না শেৎনগনি ? ঐনা অঙাং ওইবিঙৈদা থম্বাল পামজবদু নঙ খক কাউরম্ফম থোক্তে। নোংমা অচিকপা নুংথিলগী মতমদা ঐখোয় অনী মমাঙ পুখ্রী মপান্দা শান্নরিঙৈদা ঐনা অশাৎপা থম্বাল লাম্লুবদু ! অব্রাংবা লৈবাইদগী ওন্থদুনা লুরবা ঈশিংদা তাশিল্লবদা ঈরাক্ল বগী অব্রাবদু ! ঐ শিরগনি খল্লকপা মীকুপ্তা নঙনা য়াম্না ব্রানা ঐবু লৌখৎখিবা নৎত্রা? নঙসু ঐসু পুক থন্না ঈশিং থক্লুনা তোর্বান্দা স্বর মপী হোল্লগা খাঙখিবনি। কনাসু উদ্রবা মতমদুদা ঐনা নঙবু কোন্দুনা কপখি, নঙনা থব্রায ব্রানা থেমখি। মরম অদুনা ঐনা খর চাউরকপা মতমদগী থম্বাল শাৎপা হৌরকপগা ঐ চহী খুদিংগী গোবিন্দদা লৈরাং অসি কৎপা চৎলি। ইখূৎনা হেকচবা থম্বাল কৎলুবা ঙমদ্রবসু নিমল ওইনা লৌজরুবনি।

ঐনা নঙবু নিংশিংলকপা অমদি উনিংবগী মতম শাংলক্লবদা তৌফম খঙলক্ত্রদুনা ঐখোয়গী লৈকাইগী মৈনোদা লূপা অনী পীরগা শ্রীগোবিন্দ মন্দিরদগী থম্বাল অদু লৌহল্লুবনি। ঐনা পীবা শেলনা লৈবা নিশাদা তোংদুনা মহাক্লা লোনখিবা চোইরোল মযামদু নঙনা তাখি হায়বা হোটেল ফম্বী ইনেনা তম্লকপদগী খঙলক্লে। নঙনা ঙাইরম্বদু ঐবুনি হায়বা ইনেদুনা খঙলম্লবদি নঙবু খামদুনা মৈনোগী পরিচয় তাক্লমগদবনি হায়না নুংঙাইতনা শোল্লকখি। চুম্মি, ওইদবা, নমথাক, ফত্তবা অমদি শাজিনবা ব্রাহৈদা তোংলিবা অকনবা হুগী ময়াইসিনা থম্মোয়বু মচেৎ মচেৎ থুগাইবা ঙম্মি। নঙসু ঐগুম অহিং কয়া তুম্নল্লোই।

তা-থোইবা,নঙনা ঐবু য়াম্না থুনা উনবা লাকখিগনি হায়বা আশাদা ঐ ৱানা ঙাইরিবনি। ঐনা হায়জরিবা ৱাফম পূম্নমক ফাগিগুম মমল লৈতনা লৌবীরবদি ঐ পুন্সি চুপ্পা মৈচাক পুদুনা লেনবা তারবনি,মুন্না খনফম থোকই।'

পাবা লোইরবা চিঠি খূৎনা মতুম তাশিন্দুনা তুরেলগী ঈশিংদা থাদৈ,খঙহৌদনা শিন্থখিবা পিগী ঈরা খরসু ইচেন্দুদা তিন্দুনা চিঠিগী তুং ইন্নখ্রে। খোঙজেল য়াঙবী তুরেল হঙ্গৎনা ঐ চপ লেপখি,মতমদু ঐগী পুন্সিগী ঈচেল লম্ফাংনবা মতম্নি। —

ৱারী লীরিবা থোইবনা লৌবুক মপান নকশিল্লকপা ইরোইশিংদা য়েংলগা খূদোম্বী থিনখি," মোসোফি,য়েংঙু নঙগী ইরোইশিংসি,লৌ য়ৌগদৌরে।

খর পিক্লিবী লৈশাবী হৌগৎতুনা চেনখ্রবসু মোসোফি ইরোইরোমদা হন্না ফাওবা য়েংখিদে,মহাক্কী খঙনিংবা কোক্লবা হোৎনরি , ফিজিনা মপিসু তৈথোক্লি।

" অদুদি ওজা," মোসোফি স্বর শাংনা হোল্লি, " নঙ হেমাগী মনাক্তা চৎখিব্রা?"

" চৎখিদ্রে।"

" মতুংদদি নখোয় অনী অমুক উনখিব্রা?"

" ঙসি ফাওবা উনখিদ্রে।"

" ও! মহাক অতোপ্পা নুপাগা লুহোংলল্লগনি।" মোসোফি হেন্না কনখৎলকপা মিৎকী ঈচেল থিংনা ৱাখল অমদা চপ য়ুংবগুম তৌই, " থম্মোয়নুংদা মুৎঙমদ্রবা ৱামৈ ওমখ্রবকো !"

" মদু নঙগী ৱাখলনা শারুবনি,মহাক্তি নুংঙাইনা পানখ্রবনিনা পূম্নমক কাউরম্লগনি।"

" অদুম্না হায়গনু ওজা,ফত্তেহে নুপা হায়বা জাৎসি।"

" মরক্তুদা ঐবুসু য়াওহল্লব্রা? অদুদি ঐগা নকশিন্নবা ফরোই,ঐ চৎলগে।" থোইবা ফাগিদা হৌগৎকে তৌই।"

মোসোফিসু খাঙলপ নোক্লকই,"ঙাইখো,হেমাগী ৱারী লীখো।"

" মহাক্কী ৱারী লোইরে,উনখিদ্রে।"

" অদুদি নঙনা অসিদা নথন্তা ফন্নম্বগী মরম হায়রমখো।"

" নঙবু ঙাইরম্বনি হায়রবদি.....?"

" হেমা নিংশিলকপদা লোন্না কপ্পা লাকপা ওইরমগনিদা।"

" ঐনা হায়বসু নঙনা খনবসু অনীমক চুম্লবদি?"

" নঙনা পুরিবা মৈচাক্কু মুথৎনবা হোৎনবা ঐগী থৌদাংনি।"

থোইবা মোসোফিদা ঙক্লা য়েংঙি। ইরোই থৎপা চেনখিবী নুপী মচানা মোসোফিবু কন্না কন্না কৌরক্লম্মী।

# ১৯

" চহী খবদি শোয়দনা ঐ ইপাখোয়গী খুলদা লৈগনি ।"

" মতম কুইনা লৈবীয়ু। ওজা লাকপদগী খুলগী অঙাংশিংতা নত্তনা মমা-মপাশিংনসু কয়াগী মতিক হরাওনরিবা । খুলনা তলব য়াম্না পীবা ঙমদবনা অৱাবা খরদি থেংনবীরে,অদুবু ঐখোয় লৈমিন্নখিসি। খোংজাই যুমহোং তোইবনা লাইর তাল্লি হায়নবা লৈবনি।"

" ঐ নত্তে,খুলগী অহলশিংনি ৱাগদৌরিবসি;স্কুল লিংখৎপা অরাযবা থবক ওইদবনি।"

" থা মঙাসে ওজাগী তলব শোযদনবা ঐনা কন্না হোৎনজৈ। ময়াম্নদি চাবা থাক্লগা থাদা লূপা কুন কুন পীসি হাযনবনি,অদুবু ঐনা ওজাগুম্বা অফবা মী ফংবদা ৱাগনি হায়দুনা লূপা মঙা মঙাগা হাপহঞ্জবনি। কৈথেল পান্দবা চীংনুংগী পুন্সি ওইবনা মখল-মথেল অহাওবা এঞ্জাংদি ঐখোয়না পীজবা ঙমজদ্রে । অফং অফংবা অসুম চামিন্নবা হায়বদুনি।"

" খ্বায় মীয়াম্না চানরিবসু অসি মঙায়দা,ইপা।"

" নিংথমথা চঙলকপগা কবোদগী মনা-মশিং য়াম্না পুখৎনরক্লগনি, ঙাসু ৱাৎলরোই। ওজানা শা চাবা হৈরল্লবদি এঞ্জাংগী অৱাবসি খরদি ফরমগদবনি।"

" ঐদি হাওতবা এঞ্জাংবু নোংমতসু চাখিদ্রি খল্লি।"

" অঙাংশিংনা চাক থোংবীগে হায়রবসু ওজাদি য়াগন্দে হায়।"

" ওহো,মখোয়না ঙাক থোংবীরিবনিদা ।"

" ওজাগী লাইবক য়েংবা তারে,কুমসিদি ঐখোয় স্কুলসি সরকারনা রিকোগনিসন পীবীবগা লোয়ননা মতেংসু ফংহনগনি হায়না মেম্বর সাহেবনা ৱাশকখ্রবনি।"

" হোৎনবীয়ু, য়েংবীয়ু। ঐঙোন্দা মদুগীদমক থোইনা খৌরাংবা লৈতে। ঐগী ৱাদি নুংশিবীদুনা অঙাং য়াম্না তমহনবীরবা।"

" ওজা,মায়কৈ সোমদসু এমঃ ইঃ স্কুল অমা থম্বীফম থোকই, নৎত্রবদি অঙাংশিংনা মাইল চামা লাপ্পা মফমদা চেঙ পুদুনা চৎপগী অৱাবা কিদুনা লাইরিক তম্বা তোক্লরে। মমা-মপাশিংনসু চানবা পামলৌ হোৎনরিঙৈদা মচাশিংগী মহৈ তম্নবা করি ৱাখল চঙলুবা ঙমগনি,খুনুংগী পুন্সি মরেন্দা অদুম চৎথবদা মাতরে।"

" অথাপ্পা চীংনুংগী ৱা থমখিসি,তম্পাক্কী খুঙ্গং অঙাংশিংসু ফিভমসিদা লৈরিবনি। ঐখোয়গী লৈবাকসিদা ৱাংনা মহৈ মশিং তম্বগী ৱাসিদি খুদোংচাবা ফংখ্রবা কাঙলুপকী মচা-মশুশিংগী ওইরি। ইপাদি কয়া য়াম্না তম্বীহৌবগে?"

" অনীশুবা তমখৎলকপগা তোকখ্রবনিদা। ইংরেজী খর খর পাবা ঙমজরিবসিদি কাইনথংদা তমখিবনি। ইহাক-থক্তা লাইরিক তম্লিং তম্লিংনা উপায় লৈতবদগী তোকখিবনা ইচা নুপাসিদি খর তমহনগে খনবনি। খঙদে ওজা,ময়ামগী মতেং নত্তনদি কলেজ লোইশিলহনবসি ঙমগদবা মানশিল্লক্রে।"

" করিগী ঙম্লোই, চহী অমত্তা ঙাইশিল্লক্লবদা।"

" মসিগী মতাংদা ওজানা লমজিং-লমতাক খর পীবীবা তারে।"

" ইপাগী ইচানুপা শোয়দনা লাইরিক হৈবা শক্লাইবা মীশক অমা ওইগদৌরিবনি।"

" ওজানা নুংশিবীদুনা থাঙ্গৎপীবনি।"

থোইবাগা কোনাইগা য়োংখুলগী চর্চ শঙ্গাবা য়াওরুরগা হল্লকপা লম্বীদা অসুম ৱারী শানদুনা লাকখি। চীংয়াং লম্বী ওইবনা কা হেন্না খুরৌ চেনবা নারক্কী অশোংবা লৈত্রবসু উজাউশিংগী উমং অদুদা নুংশানা লৈবাক শোকপদি লুনা থোক্লি। লিক্লা-নোংনা চোৎহল্লবা লৈমায়দা কংবা ঙমদনা পৎলবা উনাগী মনম ফাওই। অতিয়াগী শক্লোন উবা ফংদনা চৎলকপা

লম্বীদা মাঙ চিংলিবা কোনাইগী খোঙকাপ খক হন্থদে। লমশাং লাকপগী চোকথবদি মখোয় অনীমক্তা ফাওরবনি। চাওরাক্লা মাইল হুম্ফুরোমগী চীংয়াঙ লম্বী তঙ্খাই অমদি পূং নিপালগী মনুংদা লাকখ্রে। কন্না চৎত্রবদি নুমিৎ তাখিবনা হানখিগদ্রা খন্দুনা মখোয় পোখারক্ত্রে; মতম কুপ্না পারকখি। মমখ্রবদি লম্বী উবা ঙম্বগী ৱাদি লৈত্রবনি। মরম অদুনা মশা পূম্বা হুমাংনা চোৎলবসু থৌশারুদ্রে।

তেংনৌপলদগী অৱাং পাংনা ইল্লকপা চীংশাংসিগা তাংখুলশিংনা তাবা মরোল-মরোল লেপ্লিবা চীংজাউশিংগা শম্নগদবদা তরেৎ লোক্লা থৎতুনা থম্বনি। মসিগী খা-নোংচুপ্তা সীতা অমদি মচী চীংজাউনা মণিপুর তম্পাকপু উহল্লরোই মতাগুম খন্দুনা থম্লি। নোংপোক্তা লোইরোইনা হাইথখিবা চীংশাং নাপোমশিংনা কবো তম্পাক থেংলুই। থোইবাগী মিৎনা যৌবা ঙম্বা লমখৈসিগী মনুংদা লৈশেমঙৈদগী তাইবং মীগী খোঞ্জেল তাদ্রিবা উমং লোক্লুং কয়া অমা লৈরমখিগনি,মদু খল্লুববদি লমদম অসি মালেমগী কাচিন্দা লোৎতুনা লৈরি হায়রবসু য়াবিবনি। অদুবু উমংসিদা চাউরক্লবা কোনাইনদি মহাক্কী খুল মালেমগী খোইদৌ ময়াইমক্তা লৈবনি হায়না তোয়না পল্লি।খর কোকপা মফম অমদা মখোয় অনী ফাওদোরকপগা উরুমদা নুপা অমগা চহী নিপাল্লোমগী নুপামচা অমগা পোখাদুনা ফম্লম্বা থেংনৈ। শকফম য়েংলগা মখোয়বু মপা-মচানি হায়বা ঙম্বতা নত্তনা খোংজাইনি হায়বা থোইবানা লেপ্লম্মী,কোনাইনদি কৌবনা হানখি।

“ কৈয়োল,কদাইদা চৎলিবনো? ”

“ কৈয়োল,ঐখোয় লাম্পীতা চৎকে,নখোয়দি?”খোংজাই হংনিংবগী ঙাইরম্বগুম য়েংলকই।

“ ঐখোয় লাম্পীগী মীনি। কৈয়োলদি কনাগী ঙাইনো?”

“ খুন্দুদা খঙনবা মী থোইনা লৈতে।”

“ হন্দক্লা অহানব্রা লাকপসি?”

“ হোয়।”

“ করি খুন্দগীনো কৈয়োলদি?”

“ সিমাংদগীনি,ঙসি সীতাদগী হৌরকপনি।”

“ ঐখোয়গী খুন্দা চৎপদি করি থবক্কী?”

" লাম্পীদি হাকুম ফৌ য়াম্না লোক্লখি হায়বা তায়,মতম খর চাকতাংবা লাকপনি।"

থোইবা ৰারীদা য়াওশিন্নিংঙি,হংনিংবা কয়াসু লৈ। কোনাইনা মঙোন্দা ওনশিল্লকখ্রে," ওজা লাম্পী হায়বসি ঐখোয়গী খুলগী অতোপ্পা মিংনি। মতম অমদা লাম্পী হায়বা চীংদা তারম্মী হায়বদগী মীশিংদু লাম্পী কৌনখিবনি। অসুম্না খুন্দারুবা লমগী মিংদা কাঙলুপ খঙনবা কয়া য়াওরি।"

কোনাই লেংবান্দা য়ানবা খাউ লৈমায়দা থম্লগা অৰাবা হন্দোক্তুনা স্বর শাংনা হোল্লি," ওজা,ঙাইহক্তং ফমখিসি।"

মদু হায়রকপা ঙাইরম্বগুম থোইবা খোংজাই নুপাগী নাক্তা কিৎ ফমথরকখি।

" ইয়াম্বগী মিং করি কৌবীবগে?"

" য়াম্পু কৌই।" খোংজাই নুপা থোইবাদা মুন্না য়েংঙি। " ওজাদি মৈতৈনি?"

থোইবানা খুমদ্রিঙৈদা কোনাইনা তাকখি," হোয়,ঐখোয় খুলগী ওজানি।"

ফুরিৎ লিৎতবা নুপামচা অদুনা শেৎপা খোংগ্রাউ মফম মবিদা তোঙান তোঙানবা মচুগী ফিনা ফোৎলি। খ্বাংগী কুদাম য়াওদবনা নান্থদনবা উরীনা চেৎনা পুল্লি। লেক,হামুক অমদি উফুল ৰাইফুলনা চাং হেন্না নপ্পা তান্নখিবদগী মশাগী অশেংবা মচু মাঙখ্রবা খোংজাই নুপাগী ফুরিৎ অয়াম্বা মফমদা শেগাইরে। মনমসু লাপ্পা চৎলে। শেৎলিবা খুদৈদগী কোয়েৎ ফিনা হেন্না মচু খঙদে। মপা-মচাগী মিৎকোমগী অরাওবা উরগা অরাম খৌরাংবা অমদি চোকথবগী চাং লাইনা খঙবা ঙম্মি। হঙ্গাম মপুন অনী হাপ্পা পাই অমা নত্তনা নুপা অদুনা করিসু লোইনদে। নাতোন শুমাঙদা মতম কুইনা পক্লবা নপথী ফক্তোকখিবগী ঈ থোক্লা ঙাংশং ঙাংলবা মফমদা খূৎনম্না তক্ল-তক্লদুনা অঙাং মপাদা চৎলসি হায়না থেঙু-থেঙারি। হীদাক মনানা চুমথোক্লবা মতিন অমুক্তং শিৎলগা খোংজাই নুপানা থোইবাদা মুন্না য়েংঙি।

" ওজাদি মখোয়গী খুন্দা লৈবা কয়া কুইরে?"

" চহী তঙ্খাই হেল্লক্লে।"

" চহী তঙ্খাই হেল্লক্লে।"

" চীংদা লৈবা হৈনব্রা?"

" করিগী হৈনদনি।"

" চীংদা পানবা ৱাবনিদা।"

" ইয়াম্বা,তমদসু নুংঙাইবা মশীং য়ামদবনি।"

" ফনা য়াম্না হায়দুনসু য়াদবনি,খেন্নবনি। চীং ফজে শোনগনি, নুংঙাইবা তমদা হোৎথনখি।"

"চীংগী পুন্সিদা নুংঙাইবগী মতম কদাইদনো,লৈতবনি।" কোনাইসু য়াওরকই।

" কবিগীনো ইয়াম্বখোয়না অদুক নুংঙাইতনা হায়রিবদি?"

" ওজা,সবকারনা ঐখোয়বু ওৎলম্বদু নীংতম্বা ফংলগা কোকখিগদ্রা খল্লুবনি,হৌজিক্কবু হেন্না ৱাখ্রেদা।"

" করম্না?" সরকাব হায়বসি বৃটিশপুনি খঙবনা থোইবা থৱায় য়াওই," হৌজিক্কা হেন্না ৱারবা?"

" কবম্বা মতমদা ঐখোয়গী অৱাবা কোক্কনি,পুক থন্না চাবা ফংগনি ? চীংলৌ নত্তনা অতোপ্পা অমা লৈতবনা কুম ফত্তবা,ফৌ লোক্তবা চহীশিংদি চরা হেনবদা অদুমক তাবনি। কনাদগী হংলুগনি,পূরুগনি? ঐখোয়গী অৱাবা কনানা য়েংবীগনি?"

" চাবা কোন্ননবা ফৌ লোকপা ঙম্মদব্রা?"

" শৃবা,নোম্বা অমসুং হোৎনবগী চাং লোম্না লৌ য়ান্দুনা য়েংলে, অৱামন্দি কুমগী মখা পোল্লম্লে। চহী মঙা-তরুক্কী মনুংদা অমুক্কাদি কুম কোন্ননবা ফৌ লোকই। অৱাৎপা চহী খুদিং অতোপ্পা খুলশিংদগী পূবা চেনবদা ইকাইরে। চেন্দবসু য়াদে। পূফম ফংদ্রবদি হিংদবদি যাদবনিনা অতৈ পাম্বে থিবদা ঐখোয়গী চিঞ্জাক শাগীগা খেন্নদ্রে।"

" করি পাম্বে?"

" প্রান,মাইরেন,তোর্বোৎ,চয়িন্নচিংবনা শম্নবা হোৎনবনি। মখোয়না লোইথোকখ্রবা,চুজাকসু ফংদ্রিঔে মরকসিনি খ্বাইদগী ৱানরিবা। মতম অসিদি লমহা নত্তনা অতৈ চানবা ফংদে।"

" লমহাদি মরাং কায়না ফংব্রা?"

" ফংদেদা। নুংথিল চুপ্পা থিবা কল্লগা নোংমগী চরা। নোং তাদুনা চৎথোকপা য়াদবা মতমদদি অদুম লাম্না খাঙলে,পানয়োল চস্ফুৎতগী হেন্না ফংলরোই। ওজা,অঙাংসিগী মমা শিখিবা চহী অনী শুরে। মহাক চাদবদগী নারক্তুনা শিখিবনি। চহী অদু ঐখোয় থা অহুম চগেম চাদুনা খাঙবনি, মদুসু মচা অনী মপুক থল্লোই ৱাজবনা মহাক্তি তঙ্খাই তঙ্খাইদা চাদুনা লেনখি। মমৈথংদদি মহাক অপিকপা অঙাংগা নোংমতা কান্ননা চৎখ্রে।"

" অতোপ্পশিংদগী ফৌ পূবা খক ফংখিদব্রা?"থোইবাগী ৱাহৈ খোস্থোক্তা অৱাবা য়াওরি।

" লোন্নবা খুল কয়াদা চেন্দুনা হংলুবনি,পূথোক্লবা লৈনরমদে, মদু য়াম্নসু ইকাইবনিদা। কন্না,ৱানা থিরবা তুংদা মচীদগী ফৌ শংবাই অমা ফংঙি । মদু ঐনা মাইল তবা লাপ্পা পুরগা লাকপনি। অদুবু যূম যৌবকপা মতমদদি ঐগী নুপী ৱা ঙাঙবা ঙম্লমদ্রে। খুদক্তা ঐনা ফৌ শুদুনা থোংবা চাক মমা-মচা অনীমক্না য়েংবতমক য়েংলম্লগা চানবা ময়া কাথোকউ হায়বদি যাখিদ্রে,অদুম চৎখ্রে।"

খোংজাই নুপানা মমিৎতগী শিন্থরকপা পি মখূৎ য়েৎনা অমূক্তং নাস্থোকখিবদা চপ্লবা খজাইগী শরুক খরনা মহাক্কী অশেংবা কুচু তাক্লকখি। অৱাবদা শরুক যারিবা থোইবা খঙনিংবা লৈরি।

" হাকুম চহীদি?"

" অশি-অনাগী হোৎনরিঙৈদা লৌগী থবক ফজনা শুহৌদ্রবনিনা হাকুমসু কুমসিসু অসুম ৱাদুনা লাক্লবনি। লমহাগা চুজাক্কদা খাঙলকপা থা অনী হেল্লে। অঙাংসিনা চাক চাবা খক ফংলরোইদ্রা হংবা তোয়শিল্লকপদা ঐ লৈঙল্লক্রে। মাগীদমক খল্লগা ওজাখোয় খুন্দা চাকতাংবা লাক্লিবনি।"

অঙাংনা মপাগী মখূৎ পায়দুনা চিংখৎপা য়েংলগা থোইবানা হায, " ঐখোয় অমুক চৎনবা তৌসি।"

অঙাং মাঙ থাই। স্কুলদা লাইরিক তমদুনা লৈগদবা পিক্লিবা মানা চরা থিদুনা লৈরে খল্লুরগা থোইবা নুংঙাইতে। মঙোন্দা খঙনিংবা অমসু ফাওরি।

" ইপা,নখোয়গী খুলসু অসুম্না চাবা ফংদবগী অৱাবসি লৈব্রা?"

কোনাই চাউথোক্লপ নোকই," ঐখোয়গী খুন্দা চাকতাঙবা,চরা

হেনবা হায়বসি ইখঙবু খঙনদেদা। যূমথোং খুদিংনা মশা-মশাগী কোন্ননবা ফৌ লোক্লে। মদুগী মথক্তা মুম,চয়িন,হৱাইনচিংবা চিঞ্জাক মরাং কায়না থম্লে। সুম তৌবনি ওজা,চীংনুংগী খুল খুদিংমক চেঙগী অৱাবা লৈবা নত্তেদা। হোয়,নারক-য়েল্লকপা মতমদা লায়েংফম লৈতবগী,ঈশিং ফংদবগী,লম্বীগী অৱাবদি চপ মান্নে।"

" ইয়াম্বা য়াম্পুখোয়গীদি চাবা ফংদবসি অসুম মায়োক্লদুনা লৈবে।"

" ওজা,ফৌ অমদি অতৈ মহৈ-মরোং লোকপগী চাংসিদি লমগী মখা পোনবনি। লৈহাও চেনবা,লৌয়ানফম ফবা লমগী মপু ওইবা খূলশিংনা খর ৱানদে। লৌযানফম ফত্তবা খুলশিংনা ৱাবদা মতাবা। কৈযোলখোয়গী খুলফমদি ফত্তবনি,ঐখোয়গী লম চামিন্নসি হোংলক্লো।"

খোংজাই নুপানা হায়," কৈয়োল,খুল হোংবা তোয়মনবদা ঐ ইকাইরে। ঐগী হাক্তকসিদা তরুক্লক শুবে হোংলিবা। ঐ বর্মাগী খুল অমদা পোকপনি, চহী নিপাল শুরকপদা চুড়াচান্দপুরগী লমদা চঙলকখি। সাইকুলদা মতম খবসু পাল্লুরে,মথংদা তেংনৌপালগী লম অসিদা খুল অহুম শুরে শেল্লবা। হৌজিক ঐখোয়গী খুন্দুদগী মথং মথং হোংনখিবনা যূম মাপনখক্তা লৈহৌরে। খঙদ্রে,কদাইদা পাল্লুসিগে।"

অসুম ৱারী শানদুনা লাকখিবদা মখোয় খুলগী পন্থোঙ য়ৌরক্লম্মী। অচৌবা তরুং খোংনাং অনীগী কারক্তা ঈশং কারবা শৃৎ শৃৎ নানবা খুববা লম্বী লোইবোইনা অমুক হাইগৎখ্রি। পন্থোঙ নাকল অনীমক্তা শন্দং মকোক, যোং মকোক,লুময়েন অমসুং শাবৌ মতু থেৎতুনা ফজনা লৈতেংঙি। ৱা অমদি উ মচিন তুম্লগা কূংনা য়ুংদুনা খাবা পন্থোঙগী অকোয়বদা লানা চেকশিন্না মখুম মেল্লবা উতোং কয়া অমসু য়াল্লি। থোইবানা পন্থোঙ লানশিনবগা নুমিৎ তাবগী য়েনখোংনা তরাম্না ওক্লকপদা হূই ময়ামসু য়াওশিল্লকই। অঙাং অৱাবা মাঙখ্রবগুম ফনা লাপ্না মাঙদা হায়গৎখি।

খুঞ্জিল য়ৌরকপগা কোনাইনা থোইবাদা হায," ওজা,যূম চঙবীরুরগা ঐখোয়গীদা লাকপীরো, অঙাংশিং চাক থোংহল্লম্লগে। কৈয়োলসু ঐগীদা থুংহল্লগনি।"

" ইয়াম্বা য়াম্পু,লৈবীরম্লো,ঐসু লাকচরগে।"থোইবা লম্বী খাইখি।

“ হোয় ওজা।” য়াম্পু খুম্বতনি, চোকথবনা কনাদসু য়েংদে।

থোইবা মহাক্কী লৈফম শঙ তম্না লাকই। খুলনা শাবা শঙদু ফুট তরানিপাল শাংঙি মরাক্লা তরানিথোইনি। উখুল তৌদনা নুঙদা খিন্দুনা শাবা শঙ তুম্নৌনা থানা কুপ্লি,মৌবী ফক্লা ফক্লাং ওইবনি,থোঙসু ফক্লা শেম্বনি। থোইবানা চৎথোক্লমদাইদা মহাক্কী থোঙ মপান্দগী লীনা পুল্লগা হেক হেক থম্মি। থোঙ হাংদোক্কুনা ইমুংদা চংলকপগা মহাক্কী হিপফমদা শৎ তিংথোক্কুনা মহাক ঙাইহাক পোত্থারম্মী। য়াচংবা মতমগী অমম্বনা কুপশিল্লক্লবদা মহাক তুম্বাগী ঈশিং উ-খুদেংদা হৈদোক্তুনা ঈরুজবা লোইরে। মহাক্লা কোনাইগী য়ূমদা চৎনবা থোরকপা মতমদা মৈখেৎকী মঙাল থাপ্লা চৎলে। খুলগী মচি খুদিং শিন্তুংনা মরিং অমসুং মৈতৈলোন্দা লাউরুবা নুপাদু মহাক্কী শঙয়া য়ৌশিল্লকই,খোঞ্জেল হৌই।

“ খুলগী মীসু, লংফৈ লাকপা মীসু ঙসি অহিংদি মপান থোক্লগনু, থোঙ চেৎনা লোনশিন্নৌ। কবো মাইবনা খুলগী থৌ তৌগদৌরি।”

মাইবনা থৌ তৌবদা অদুক লুনা খন্নবগী ৱাফমদা থোইবা পুক্লিংদা নোক্লিংবা ফাওই,খৃষ্টিয়ান ওইরবা খুল অদুদা অসুম লাউরিবদু খঙনিংলকখি।

“ করি থৌনো তৌগদৌরিবা?” থোইবাসু কন্না লাউখি।

পাউজেল্লিবা নুপানা তাক্লকই,“ খুন্দগী ফত্তবা লাইমু তাম্থোক্কদৌরি। কবোগী অফাওবা মাইবনি,অহলশিংনা য়াম্না ৱানা থিরুবা।”

“ করম্বা লাইমু লৈরবগেনে?”

“ শা-যন মরেক তাহনবা, মীশি-মীনা থোকহনবা তিনমু-লাইমুনি, অহলশিংগী ৱানি। ওজাসু অথেঙবদা মপান থোকপীরক্কনু। ঐ অমুক্তংগা হন্না লাউথোক্লুখিগে।”

খৃষ্টান ওইদ্রিবা নুপাদু লাউর-লাউরদুনা চৎথ্রবদা থোইবা কোনাইগী য়ূমদা লাক্লম্মী। মরিংশিংগী লেমজনিঙাই ওইবা মওংদা শাখিবা কোনাইগী য়ূম্নি। ময়ুং লম তারা,মরাক্লা তরুক্কী য়ূমদু কা খায়দে। য়াঙদগী চুমদ্রিং হায়থরকপা থানা কুপ্পা ইগী শাইতোন্না লৈবাক শোকই। মৌবী ফক্লা ফক্লাং খায়। য়াঙ পুবা য়ূময়াইদা পরেং য়ুংবা য়ুম্বীশিং মচেপ নাইরপ শাদোকই।

য়ূম্বীশিংদুগী মখোঙদা অমদি ফক্লাং ময়াদা মীপোৎ চামা লূম্বা ফালশাং অমমম থম্মি। লেমজনিঙাই ওইরবা য়ূমশিংসিগী মনুংদি নুমিদাংদসু নুমিদাং, নুংথিন্দসু নুমিদাং ওই। অহানবা ওইনা চঙলুবা মীগী খুরাই কায়দনিংঙাইদি লৈত্রে, লময়াইদা নৎত্রগা মচিদা থম্বা ফালশাংশিংদা থেঙ্গাইদুনা থীনা তুবসু য়াওনরিবনি। থোইবানা য়ূমসিদা চঙলকপদা মদুমক্তি থোকখিদে। চাউরবা ইমুংদুদা অপিকপা পোদোন অমত্তমক থাল্লি, মদুনা অমম্বা খর তাম্হোকখ্রবসু ফুঙ্গাগী মৈনা পাংলমদ্রবদি ইমুংদা কনা কনা ফল্লি হাযবা মহাক উরম্লোই। চেকশিন্না চঙলকপা থোইবা ফুঙ্গা মপান য়ৌরকপগা কোনাইনা ফান্দুপ অমা পী।

"ফম্বীয়ু ওজা।"

"য়ারে, ঝারে। চকসু লোইরমাল্লে?"

"হোয়, এঞ্জাংসি মুনফাৎত্রি।" কোনাইগী নুপী তেবীনা হায়রকই, "ওজা, পাঙন-পাঙনবা হায়বদুনি। কবো ঙাইনা পীরকপা ঙা অকংবগা চান্নাইগনি।"

"অদুদি য়াম্না হাওবা এঞ্জাংনিনা।"

চাক-এঞ্জাংগী মনমদা থোইবাগী অরাম্বা শরুক অনীদা হেল্লকখ্রবনি। চফুদা মুন্না য়েংলিবা অঙাংনা মপাদা করিনো খব হায়খি। মপানা চৈবগী খোন্দা কন্তুক ঙাঙখিবদুগী মরম থোইবা খঙনিংলম্মী।

"ইয়াম্বা, অঙাংনা করিনো অমা হায়রি।"

"মা চাক লাম্বনা খাঙবা ঙমদ্রে, চাক থিহল্লো হায়রিবনি।"

"থিবগে থিরগে।" য়ূম্নু নুপী থুজিল্লকই।

অরাম্বা মতৌ য়েংদুনা মৈথৌ কল্লকপী তেবীনা কেগাম অমদা চাক খর থিদোক্লগা অঙাংগী মাঙদা থম্মি। অঙাং লৎনদে, উফুল হামুক্লা মচু ওল্লবা মখূৎ ঈশিংদা অমুক্তসু লুপ্লমদনা মনিল থোক্লা মৈগুম শারিবা চাক লৌখৎলগা স্বরনা ফু ফু কামদুনা চাবা হৌই। মরৈনা লেক্তুনা চারিবা অঙাংগী মতৌ য়েংলগা থোইবা নুংঙাইতবা ফাওই। অঙাং ময়ানা শায়বা নংদে, কূৎ কূৎ যোৎলি। এঞ্জাং ঙাইবা ওইনা খর তপ্না চাহন্নিংবনা অমদি অমোৎপা মখূৎ হামদোকহন্নিংবনা থোইবানা কেগাম অমদা ঈশিং হৈরগা অঙাংগী নাক্তা থম্লম্মী। মহাক্কী ব্রাখন্দু উবদগী য়াম্পু নোক্লকই।

" ওজা, খোংজাইদি চাক চাবদা মখূৎ হামগন্দে, মদুগী ৱারী লৈ।"

" তাসি ইয়াম্বা।"

" থাইনা মমাঙঙৈদা মচিন-মনাও, শাগৈ-নাতৈ, মরী-মতা পূম্নমক হুন্দোক্লক্লগা ঈশিং-নুংশিৎ ফবা মফম থিদুনা খুন্দাবা লাকখিবা মতৈ-মনাওনা মচা পাখং অহুমগা লোয়নরকখি। মচানুপা অহলদু মশা-মউ ফৈ, মপাঙ্গল কল্লি, মী কয়া উশিত্তে। য়াইমবা মরিংজেন খায়। অতোম্বা মপাঙ্গল খর শোল্লবসু মরৌশিং চাউই। মহাকপু মমা-মপানা খর হেন্না লুনা তৌই। ময়াম্বা অহলনা মাঙ চিংদুনা মথং মথং মমা-মপানা তুংদা য়াম্না ৱানা মখোয় লাক্লম্মী। মণিপুরগী চীংলোন লানশিল্লমদাইদা উমং শাশিংগী মথী-ময়ুংনা পিক থল্লবা লোক অমনা মখোয়বু থৎতুনা থল্লে, লান্থোক্তবদি য়াদ্রবনি। লোক্কী ৱাংমদা অকংবা উ অমা তারি, মদু ফৈরবদি মমা-মপা নুংঙাইনা লান্থোকপা ঙমগনি খন্দুনা মচা অহলনা লোক ৱাংমরোমদা ফন চোংখি। ময়াম্বা অহলনা লাইনা চোংখিবদা য়াইমবা কয়া থৌওইদনা লোক লান্নবা চোংলকই। অদুবু পূরা লান্থোপা ঙমদবনা মখূৎ য়েৎ শাগী মথী-ময়ূংদা নমশিনখি। অতোম্বসু ময়াম্বা অনীগী মতৌগুম লান্থোক্কে খন্দুনা চোংলকপদা লোক্লুংদা তাশিল্লে। নমথীরবা লোক্লুংদগী য়াম্না ৱানা কাখৎলক্তুনা ময়াম্বা অনীনা মমা-মপা লান্নবা থোং থাবা, শেম্বদা মতেং পাংলম্মী। মমা-মপাবু অৱাবা লৈতনা লোক লালহল্লবা তুংদা মখোয় চীংলোন কয়া লান্দুনা লাক্লম্মী। য়াম্না শাংনা লাকপা লম্বীদা অরাম্বা ফাওরক্লে; মমানা পুরকপা চয়োম চানবা ঈচেল ময়া অমদা মখোয় ফমথরম্মী। চয়োম চাবমদাইদা মচানুপা অতোম্ববু মমা-মপানা শেংনা ঈরুজথোকহনখি, য়াইমবুনা খূৎ হামদোকহনখি। মচা নুপা অহল মখূৎ হামদনা চয়োম চারম্মী। মখূৎ হামখিদবা মচানুপা অহলনা খা নোংপোক্কী নিংঙোল পান্নদুনা শন্দোকখিবা চাদা নাওদশিংনি খোংজাইশিংসি। মরম অদুনা মখোয় ঙসি ফাওবা চারমদাইদা মখূৎ কয়া হামগন্দে। মখূৎ হাল্লগা চয়োম চাখিবা মচা য়াইমা অৱাংলোমগী নুপী লৌদুনা শন্দোকখিবা ধারা ন্যালাশিংনা নাগাশিংনি। ঈরুজরগা চাক চাখিবা মচা অতোম্বনা নোংচুপলোমগী নিঙোল পান্নদুনা শন্দোকখিবা চারোল-শুরোলশিংনা মৈতৈশিংসিনি। মপাঙ্গল খজিক্তং শোঞ্জবা অদুগী মথক্তা অতোম্বা ওইবগী

খর হেন্না নুংশিজবনা মমা-মপানা মচা অতোম্ববু হিংবদা ৱারোইদবা খুন্দাফম ফবা তম্পাক্কী শরুক শিন্নখি। মরম অদুনা ঙসি ফাওবা ওজাখোয়না খর নুংঙাইনা হিংলিবনি। মচা নুপা অহলগা য়াইমগদি চীংদা কাহনখি।"

অশেংবা ইতিহাস ওইনা থেংনদ্রবসু ৱারীদু তাবা নুংঙাইবনা থোইবা নোঙ্লম্মী। তেবীনা কেগামদা এঞ্জাং হাপ্লগা অঙাংগী মাঙদা থম্বা মতমদা অহানবা চাক লোইদুনা মখূৎ লেক্লি। চাক অমুক হাপথনবা তেবীদা হায়রগা কোনাইনা য়াম্পুগী ৱারী শমথৈ।

"য়াইমবা ওইবগী হৌনবী মচিং-মশোন ফত্তবা, মরিংজেন খাবনা চীংগী অফবা লমশিং মহাক্লা কনশিনখি, লোয়ননা মনাও অতোম্বগী য়াইফবদা কল্লক্কুনা তত্ত না তম্পাক্তা ল্যান্দাখি। ময়াম্বা অহলদি খর পঙজবা অদুগী মথক্তা মপুক ফবনা চীংগী ফত্তবা লম থুংখিবনি। মরম অদুনা খোংজাই ইচিন-ইনাওশিংনা ঙসি ফাওবা মফম অমদগী অমদা কোয়চেন চেন্দুনা শাইদাংবগুম হিংনরি।"

কোনাইগী ৱাফমদা মখোয় কন্না নোঙ্লম্মী। তেবীনা চাকলুক তরু তরুনা শেম্বা লোইরবদা মখোয় অহুম চাবা হৌরে। মশাগী অৱাৎ অপাদা য়াম্পু অমসুং কোনাইনা মাগীদমক অৱাৎ-অপা কন্না য়েংশিনবীরকপদা থোইবানা হায়, " ময়াম্বা অনীনা মনাও অতোম্ববু কয়াদা নুংশিরিবনোসে।"

তেবী য়াওনা মখোয় কল্লক পেন্না নোঙ্লক্লম্মী।

থা অনীগী তুংদা চাক ফংবগী হরাওবা অমদি পেনবমখৈ চাবগী নুংঙাইবনা অঙাং মায়থোং মকা লাম্না মৈহুম পায়দুনা শান্নরক্লে। মী খুদিংদা মুন্না মুন্না য়েংবসু হৌরকই। মাগী অপেনবা উরগা থোইবাগী চোকথবা লোয়নমক মাঙখ্রে। থা অনী চুপ্পা লমহা চাদুনা হিংনবা হোৎনখিবা অৱাবদু অঙাং অদুদা অমুক হল্লক্তবা ওইহনবীয়ু হায়না মহাক ঈশ্বরদা হায়জে। লেপ থূম্না তৌরগা ফংবা লমহা পূক থল্লোই ৱাবনা মকু খোক্তনা চাবা চীংনুংগী অঙাং কয়া থোইবানা থেংনখ্রবনি। চাক চাবা তোক্কুনা মহাক্লা মৈরোমদা ওনশিল্লগা ফম্বা মতমদা অচৌবা ফালশাং মথক্তা অঙাং ফি অমত্তা কুপ্তবা উকক অমদা মোন খাঙদুনা নাখোকপা হৌরকই। অরাম খৌরাংবা মাঙখিবগা লমশাং লাকপগী চোকথবনা তুম্মিংবদা ওন্থোরক্কুনা

মখোয়গী ৱারীনবদা অপনবা পীরক্লে। অহল অনীদা পোত্থাবীহৌনবা হায়জরম্লগা থোইবা হৌগৎলকই।

নোংজু থাগী অহিংদুদা লৈচিলনা থানা কুপথিবনা খুলগী য়ূমশিংদগী ফাওদোরকপা মৈঙাল অমত্তা উদ্রে। শৃৎ শৃৎ নানবা লম্বীদা মহাক মা-মাদুনা লাকপদা য়াচংবা মতমদা নুপা অমনা কন্না কন্ন লাওরম্বদু খংনিং নিংশিংলকখি। হূই-য়েনগী খোঞ্জেন নত্তনা তাইবং মীগীদি অখন্নবা অহিংসিদা মনিল-মশোন অমত্তা তাখি দ্রে। শম্না হায়রবদা মী লৈত্রবা খুলগুম পূমচীক চীকই। ফত্তবা তিনমু-লাইমু লৈবগী ৱারীসি থোইবানা খুলসিদা অহানবা লাকপা মতমদা অহল অমনা তমখিবনি। মদুগুম্বা ৱাফমদা থাজবা লৈতবনা মহাক মখা হংথখিদে। অদুবু ঙসিদি খুঞ্জাশিংগী অওই তাবা মতৌদা মঙোন্দসু করিগুম্বা অমা ফাওবগুম তৌই। ফত্তবা লাইমুগী ৱাসি কাওথোকখিবা ঙমদনা মহাক ময়ূম য়ৌবক্লে। থোঙ ময়া য়ৌশিল্লকপদা মখূৎনা মাকই,লাওনা হাংদোক্লম্লে। খর ঙক্তক তৌরবসু মহাক্না কাডবদগী থিংলমদবা ওইরমগনি খন্দুনা চাখুম লপ্তা থম্লম্বা মৈখেৎ-উচান লাম্নবা ইমুংদা চঙশিল্লকই। লপ্তুগী মৈখেৎ লৌদুনা খেৎকে তৌবগা ওইথংবা কাচিন্দগী অকনবা চৈফুনা থোইবাগী মমায়দা পোপ থারকখি। মহাক খংবতা নত্তনা নাবনসু উংখিবনি,ইঙাও ঙাওই। খোঙফম অনী হন্দুনা মৈখেৎ খেৎনবা হোৎনবদা কাচিন্দা অরংবা মৈবুন অনী উরম্মী। শাগী মমিৎনি খঙবদগী মহাক থুনা মপান য়ৌনবা ৱাখল তৌই। অঙকপদি,শা অদুনা মহাকপু নাকন্দা ইন্থুরম্লগা অখুবা থোঙদগী হোৎতোকখ্রে। থোইবা ৱাখল চোইদে,খুদক্তা তৌগৎতুনা থোঙ লোনশিল্লগা মৈখেৎ খেৎলম্মী। মৈঙালনা মহাক্কী অকিবা মাঙহনখ্রে,মরমদি চাখুম ময়া নক্না ষন্থী মপৈ অনী উরে,ষন্না চারম্বা থুমসু ইচাই চাইনা তারি। মহাক্কী নখাং পোম্বমখৈ থারকখিবদু ষনগী মমৈনা হাইরম্বনি খঙলক্লে,অদুবু চৈনা অমা খাঙখিবগী মিহুন্দি নেমদ্রি। চাকখুমদা থম্বা শীংকাইবাক মরি থাগৎলম্লগা হিপফমদা মহাক কাখৎলকই। হৌজিক্তি অপিকপা শঙনুংদু পূমঙান ঙাল্লে।

ঙাইহাক তূমথরুবা থোইবা ইখং খংনা মীকপ থোরকখি; মপান্দগী খোঞ্জেল অমনা হৌদোরকখিবনি। মাবু কৌদুনা হৌদোরকপা

নত্তে, য়েনখাদা লোল্লিবা মরোল ময়ামদুনা মীকপ থোকহল্লকপনি। মরোন্দু অৱালোন্নি। ফক্লাং অহোবদগী থোইবানা য়েংখিবদা মী অনী লেপ্লা উরে, অমনা ৱাচেৎকী মৈরা পায়রি । অতোপ্পদুনা মখ্বাংদা উতোং তরেৎ য়াল্লগা মায়কৈ খুদিং ওন-ওন্দুনা লৌফম খঙদবা লোন্দা লাইশোল শোল্লি ; মরক মরক্তসু শন্দং মচীগী মঙ্গঙদা চৈনা য়ে। ক্রোক কাক, কাক ক্রোক হায়বা অহৌবা খোঞ্জেল খোন্থাং য়ৈনা চৎখি ।

থোইবা অমুক তূমথবা য়াদ্রে। মহাক্লা থাগৎলম্বা শীঙ মৈরি থোকখিদবনা হৌজিক্তি ইমুং অদু ফনা য়াম্না মল্লে। থৌ তৌরম্বা নুপা অনীদু চৎখিবদা ইচীক চীকহৌই । অথাপ্পগী শেন্বুং মখোলনা মাগী থম্মোয়দা দং দং য়ৈবৈ।

অমুক হন্না তূম্বা যাদনা হিপফমদা ওন্দুনা খাঙলকপা পূং অমরোম লৈরগা থোইবানা খুলগী ময়াইমক্তা নুপা অমনা কন্না কন্না লাউবা তায — ' ঙসি অহিংসি কনা অমত্তা মপান থোক্কনু । খুন্দগী লাইমু তান্থোকপদা চৎলু হায়বা য়াদ্রে, কবো মাইবনা নমদুনা ফানবা হোৎনরি। লাইমু ফানবা থাদোকখিবা মাইবগী ভুত তরেৎ হৌজিক খুলগী অকোয়বদা চাইখাইদুনা লৈ। কনাগুম্বনা শাওরবা ফত্তবা লাইমু নৎত্রগা মাইবগী ভুতশিং থেংনরবদি খুদোং থীবা নংগনি, ফরোই। ইমুংগী মৈ মুৎহনগনু, থোঙ চেৎনা চেৎনা লোনশিন্নৌ।'

অহানবদা ফাগিগুম লৌরুবা পাউজেন্দু অহিং নোংয়াইগী অচিকপা মতমদুদা অওই তারক্লে। থোইবা মহাক্কী ফক্কী থোঙ লোনখিব্রা হাযবা নিংশিংবা ঙমদে । য়েংলুনবা হিপফমদগীসু কূমথনিংদে। শীং চাকহন্দুনা ইমুংদু ঙালহন্নিংলবসু অমুক হন্না থাগৎলুবগী ৱাখন্দি লান্নুদ্রে। খঙহৌদনা নীংদোল মিহুল মখোল তায়। খুলগী য়ুম পূন্নমক লাপ্না লাপ্না লৈখ্রবগুম তৌই।

থোইবাগী শঙ খুলগী মতাই ওইরপ মখা থংবা মায়কৈদা নাইতোম তাবগী মথক্তা মায়কৈ অহুমদা উমংনা কোয়শিল্লি । শঙগী মমাঙদা হৌবা অচৌবা হৈনৌ পাম্বীদা য়ৈরবা নুংশিৎনা অথেংবা অহিংদা মখল মখলগী খোঞ্জেল থোকহল্লি । অঙম্বা লোক্লুংদগী লম মকুনা নাহেরকপা, উমংগী উমাইবীনা ধীগ্রী ধীগ্রী হায়বা অহৌবা খোঞ্জেন্দা জীবশিংবু মীপাইহনবা,

উজাউ তুরকপগী তুজুংবা খোঞ্জেলনচিংবনা থোইবাবু থুক লাউহনবা খক ঙমদে। অদুবু ঙসিদি মহাক্কী নুংদা অফা-অপুন্নরি, খোঞ্জেল পূম্নমক থম্মোয়দা দং দং থিল্লৈ। খঙহৌদনা ইমুং লময়াইদা খোঞ্জেল অমা থোরকপদগী হৌগৎতুনা য়েংলুবদা মহাক তু চুংখি,লৱাই শম য়ুংঙি। চাকখুমলোমদগী থোঙলোমদা অচাকপা মৈহুম অমা তশেং তশেংনা চৎপা উবে।খংমনবদগী মহাক অরংবা মৈহুম য়েংলগা হিপফমদগী লৈজবী খোঞ্জেল থাদুনা লাউখি, 'হাই!' মহাক্কুম খংখ্রবা জীব অমা ফক্কী থোঙদা খ্রো খ্রো খোৎলম্লগা মপান্দা চেন্থোকখিবগা হৈনৌ মখোঙদা হুই অনী কন্না খোংলকখি । হুই খোংলবদগী অকিবা খর তান্থোকখ্রবদা মহাক হিপফমদগী কূমথরকক্লে। অদুবু থোঙজিন্দা তোখাই তানা ইঙান ঙাল্লিবা মৈহুমদদি মহাক মুন্না য়েংবা তোক্তে । মৈহুম্না মপান থোকপগী অঙকপা কোক্লিবনি । মৈখেৎ খেৎতুনা য়েংবদা চাখুমদগী মৈহুম চংখিবগী মৈতাল তান্থি মবম উরে, লোযননা থোঙ লাওনা হাংদ্রবসু থোঙাকচৈদি তুরম্লে । মপান্দা হুইয়াম খোংলি,করিগুম অমদি লৈরম্বা তাবনি। থোইবাগী ৱাখলনা লাম্বা ফংদে, থোঙ লোনশিল্লুরগা হিপফমদা অমুক কাখৎলকপদা মখা থংবা লোক বাংমদগী অহৌবা খোঞ্জেন্দা শা অমা খোন্থাং যৈনা খোংলকই । হৈনৌ মখোঙদা খোংলম্বা হুইশিং তুমিন তুমিন লৈনখ্রে, ময়ূম ময়ূমদা হন্নখিবগী মওংনি। মহাক হৌজিক নিংশিংলক্লে, অথাপ্পা লোক ৱাংমদা খোংলিবদু শামরক-ঙামরক্লি, মৈহুম চিংলম্বসি মানা ওইরম্বা তারে।

থোইবা হিপথবগা কবো মাইবনা থাদোকখিবা ভুত তবেৎকী ৱা নিংশিংঙি । মখোযনদি মৈহুম চিংগদ্রা খল্লিঙৈদা মঙোন্দা পোৎলূম অমা হাপ্লরে, মপান থোক্তবা য়াদ্রবা মতাংনি । হিপফমদগী কূমথরগা মৈহুম অমা পায়দুনা মহাক শঙ মনিংলোমদা অকুৎপা মফম য়ৌনবা চেন্থোরকই। মহাক্কী ফম্ফমদা মহৌশাগুম ঙসিদি হূই লাক্তে, ওক ইল্লক্তে। নোংয়াইগী মতমদা জীবশিংনা লেঙনিংদে হায়বা থোইবা ৱানা লাকশিল্লুই। খোংগনবা হুইসু অকিবনা হেল্লবদি থুপচিন্দুনা লোৎলি হায়বসিদি মহাক ইখনবু খল্লুদে। ৱাইশংলবা থোইবা শঙলোমদা কাখৎলকপদা অঙকপা অমদি অকিবনা অমুকসু লাকথুরে, খংবনা চপ লেপ্লম্মী, লৱাই শম য়ুংখি। মহাক্কী শঙ

লৈরমদ্রবনি। শঙফমদা অরাবা মৈতাল ইচাই চাইরম্মী। মহাক শীংকাইবাক মৈহুম লৌখৎলগা হাইর হাইরদুনা কোনাইখোয় যুম তম্না মঙগুম মখোঙ থাংলকই। খোঙকাপ তরারোম লাকপগা মাঙখ্রবা শঙনা লম্বী অমুক থৎলম্বদা মহাক শ্বাই লাওই, মিহুল লেপখ্রে। হন্দক্তি মহাক্কী অকিবা অশাওবদা ওন্থোকখ্রে, মখূৎকী মৈহুম্না শঙগী শাইজিন্দা চূরগা মহাক মরম খঙদনা লাউখি। মীকুপ খরগী মনুংদা শঙ মৈনা য়োমখ্রে, লোৎতুনা লৈরুবা খুলগী যূম পূম্নমক মযেক শেংনা চোংথোরক্লে। কোনাইনচিংবা খুলগী মীয়াম হুপচিল্লক্লুনা মৈ কনবা হোৎনরম্মী, অদুবু তুম্বনা হানখ্রে।

থোইবাগী শঙনা অহিংদা চৎপা অমদি মৈ হৌবগী মবমদা খূলগী মীয়াম, নহা-অহল, নুপী-অঙাং মৈত্রম্বুগী যুমদা তিন্দুনা থন্নে। কবো মাইবাগী ভুতনা তৌবা ঙম্বগী রাফমদা অহলশিং অমনা অমগী মথংদা থাগৎনরকই। ভুতনা শঙনুংদা লৈখ্রবা লাইমু ফানবা হোৎনবদা শঙ থাংদোক্লগা মৈ থাবনি হায়বসি মখোযগী অচেৎপা থাজবনি। মৈরক্তা থাঙবা ঙমদবদগী চেন্থোবকপা লাইমু মাইবগী ভুতনা ফাখ্রে হায়বসিদা থন্নবা লোইশিল্লে। কাচিন্দা ফমদুনা থন্নবা তারিবা থোইবা শঙ চৎথোক্লম্বগী অঙকপা লৈরবসু মৈদি মহাক্তা থাখিবনিনা রাবোয়দু যানিংদ্রি, অদুবু মহাক করিমত্তা ভাঙদ্রে। লাই ফত্তববু ভুতশিংনা ফাদুনা উতোং মনুংদা হাপখ্রে হায়না লাউদুনা মযামগী মাঙদা লেপ্লিবা কবো মাইবগী মায়থোং যাম্না লংভি। মহাক্কী অরামন চাউনা পীনবা রাফম খরসু নপশিল্লক্লি। অঙকপা থৌদোক অসিগী পাউখোং ফোংনবা হোৎনবদা থোইবাগী কোক মথৌ য়াম্না চিল্লম্মী।

মৈত্রম্বুগী যুমদা মীয়াম মখল-মথেল কয়া ভাঙনবিঙৈদা নোংভাল্লক্লে। থোইবা শঙ চাকখিফম তম্না মহাক্কী লৈজবা খর মাঙখিবগী নুংঙাইতবা পুদুনা লাক্লম্মী। মফম অদুদা শামু লমশাগী অচৌবা থোঙ্গুল পরেং অমা উবদা মহাক নোক্লিংলকখি। শামরক-ভামরক্লা মৈহুম চিংবা, শামু লমশানা শঙ চিংবা অহিং অদু থোইবানা থক কাউরোই। অদুবু মঙোন্দা নুংঙাইজদবদি ভুতনা লাইমু ফাদোকখ্রে হাযবদুনি।

# ২০

থোইবা লাম্পী খুঞ্জাশিংনা লিংখৎপা স্কুল অমগী ওজা ওইদুনা লৈরকপা চহী ফারে । থাপ্লবা মনুং হঞ্জিন্না লৈবা শোৎথরিবা অঙাংশিংবু নুংশিজবনা মহাক্কী লন্নাই নুংগী মৈশা খরদি তান্থোকখ্রবনি । লৌখুলশিংদা য়োং তান্দুনা, উচেক ঙাক্কুনা লেল্লিবা উমং অঙাংগী পুন্সিবু হোংদোকপা য়াদ্রবগুম মমা-মপানা থৌওইবীদ্রবদা মহাক খাঙফম খঙদনা ৱাখি। মহাক্কী স্কুলদা অতোপ্পা খুলশিংগী অঙাংশিংসু লাক্লনবা লম্বী কোনাইগা তত্তনা খন্নে। কোনাইনসু মহাক্কা লোয়নজরগা নুংঙাইজে । মখোয়গী স্কুলদা লাকপা খুল্লানবা অঙাংশিংগীদমক চহী চুপ্পা লেম্না চেঙ পীনবা খুলগী ৱারেপ লৌনবা হোৎনবদা মখোয় অনীগী থৌদাং চাউই । অঙাং য়াম্না খোম্বা ঙম্নবা মখোয় মীরৈবাক লাংদাই লোন্নবা খুলশিংদা পাউজেল পীবা তত্তনা চৎলকখি ।

বরদিন অমসুং অনৌবা চহী হৌবগী কুমহৈদা খুঞ্জাশিং পোত্থানরিঙৈ মতমদা স্কুলগী পাউজেল পীরুনবা থোইবাগা কোনাইগা মীরৈবাক্কী ঙমখেগা লোন্নবদা তাবা ততয়াং খুল য়ৌরুবনি। মমা-মপা ওইবশিংনা পুক্লিং থৌগৎলকপগী নুংঙাইবা লোয়নদুনা খারৌ খুল তম্লকপা লম্বীদা মখোয় অমম্বগা মায়োক্লুরে। অনকপা খুল অমদা পনবা তারবনি ।

" মাঙদা উরিবা খুলসিদা ইপাগী ঙাই, মরুপ-মপাংদি লৈবীব্রা ?" থোইবা মথ্বায় ৱারপ হংলম্মী।

"লৈত্রবসু কায়দেদা, নোংফাদোক খুদোংচাদবদগী থুংলুবগী ৱাবু।"

" খঙনদবা খুল্লানবা ইমুংদা য়ারেক্লুবদা নংখিবা অৱাবা অমা ঐ কাউররোই ।"

" করি খুন্দা ? করম্বা মতমদা ?"

" কুইরে, নিংথি মপান্দা তাবা সোমা খুল অমদনি ।"

" অদুদদি করম্না ?"

" নাইতোম চৎপা খোঙচৎ অমদা ফাবৌ কৌবা খুন্দা পন্দবা য়াদবা মতাং থোকখি । খুলগী চিদাইদা লৈবা য়ূম অমদা চঙখিবদা অহল ময়াম মাঙ্গোন্দা য়ু থক্লম্মী। খরুংগী অকোয়বদা ফম্লম্বশিংদু ঙাওদবা অমত্তা যাওদ্রে । ঐঙোন্দা মুন্না য়েংলম্বা নুপা অমা হৌগৎলগা লাউরকই।

– ' নঙ কথে মচারা'? ঐসু পাখং ওইরিঙৈদা কথে তম্পাক্তা যাম্না কোয়রম্বনি। ককচিং নুপীশিংনা য়োল্লম্বা কোন্থাং ঐঙোন্দা অচাবা অমত্তা য়াওরমদবদগী খর চাউবা অমা শারম্মবা শীংলম্বনি, তুংদদি চৎলুবা ঙমখিদ্রে। মখোয়দি য়ু থক্তে,অদুবু নঙদি থক্লো। শাসিসু চারো। উতোং চাক চানিংলুবসু য়াম্না লৈরে।'

মখোঙ কারল হাইরগা থোরকপা অহলদুদা ঐনা হায়জে - ' ইপা, ঐ লম্বী শাংনা লাকপদগী য়াম্না ৱারে। লেকফম অমত্তং থিজরকপনি ।'

– ' ইয়ে. ঐগীদা। সে, অসি চারগা নুংঙাইনা তুম্লো।'

পয়ানা লেংবা অফুৎপা শা মতুম খরগা উতোংচাক অহুমগা পায়রগা ঐবু মাঙ চিংলিবা অহলদু নীংথিনা চৎপা ঙমদ্রবনি। থৈবোং পাম্নীশিংনা কোয়শিল্লবা য়ূম অমদা ঐবু পুশিল্লগা মঙাও থীরবা অহলদুনা হায়– ' ফমুংসিদা নুংঙাইনা তুম্মু। ঐ ময়াম ফম্বদা য়াওরুখিগে।'

ঐ উতোংচাক অনী চারগা ফক্না খারগা শেম্বা কা মচা অমদা থাবা হিপফমদা কাখৎলম্মী। তূমথখিবা খঙহৌদ্রে। ঐনা মীকপ থোরকপদা অমম্বা ইমুংদুদা নুপী অনী ফুঙ্গা মৈ হৌগৎলম্মী, মখোয়গী খোঞ্জেন্দগী নৌরিবী লৈশাবীশিংনি হায়বা খঙঙি । মৈ থাগৎলম্লগা মখোয় অনী ঐনা তূম্লিবা কাদা চঙলক্লে, মখোয়গী ফমুং ওইবম্বা তাই । ঐ লৈ খঙনবা কন্না খৌদেম্লুবনি । লৈশাবী অনীদু থীনা খংখ্রে । ' হুরানবা লৈরে, হুরানবা লৈবে ' লাউর লাউরগা অমম্বা মপান্দা পাখৎনা চেনখি । ঐ ৱাখল অমা লাকপদগী থোঙ চেৎনা লোনশিল্লগা মৈ ঙান্না থারম্মী । ঙাইহাক্কী তুংদা

য়ূমদু খূৎলাই পায়বা মীশিংনা কোয়শিল্লরে। ইমুংদগী ঐ ‘ লংফৈ লাকপা মীনি, হুরানবা নত্তে, য়ূম্মু ইপানা লেকহনবনি’ হায়না কন্না কন্না লাউখি। মখোয়না ঐগী ব্রা তাবীদবগুম থোঙ নমথেল্লকুবা হোৎনরকই। ঐ লিৎফম লৈররোই খল্লকপা মতমদা য়ু ঙাওদুনা তূম্মুরবা অহল চেল্লক্কুনা ঐবু কল্লবনি। লুহোংফমদা কুমহৈ য়াওরিবা মাগী ইমুংগী মীশিংদা ঐ তূল্লি হায়বা তাকহৌদ্রে হায়না অহলদুনা কন্না কন্না লাউরকখি।”

“ ওজা শম্নাদা লিৎপনি, য়ুঙাওবগী শঙ্গাদা শোয়রিবসি অদুনি।”

নুপা অনী অসুম লাকপদা য়ূম তরেৎখক্তং তাবা খুন্নৌ অমদা পল্লুনবা চঙশিল্লকই। পন্থোঙ য়ৌরকপদা পাখং তরুক অমসু ফমদুনা লৈরম্লে। মখোয়দু নারুমদগীনি, খুন্দুদা লেক্লবা চঙলকখিবনি তম্লক্লে। মাইল নিফু হেন্না লাপ্পা কোন্দোংদগী কাইরাংদা বেট্টরী পুদুনা লাকপদা য়াম্না চোকথনা উবে। নহাশিংদুনা মাঙ থাদুনা মখোয় নিপাল পন্থোঙ লানশিল্লক্লম্মী।

মণিপুর তম্পাক্কী মৈতৈশিংনা হিন্দু ওইখিঙৈদগী থোরকখিবা অমাং-অশেংগী চৎনবীদা খোইশাওনরবা চীংমী ফুরুপশিংগী মবক্তা খৃষ্টিয়ান ধর্মনা মায় পাক্লা চঙশিল্লকপা মতম্মক্তি। অনৌবা থর্মদা লাইমিং লৌদুনা অচৌবা য়াওনগী ইচেন্দা তিনবগী হৈনিংবা অমদি ঈচং থৌবা উৎথোক্লদুনা ‘হলে লুয়া, হলে লুযা’না চীংনুং খুঙ্গংশিংগী চর্চশিংদা খোন্থাং য়ৈনা নিল্লকখ্রে। নিংথম মপৃংগী হরাও-তযাম্বনা থল্লবা কুমহৈ অসি ধর্ম অসিনা চীংনুংগী পুন্সিদা তম্লকপা খুদোলনি। অনৌবা ফিজোল হোংবা, অহাওবা চাক-এঞ্জাং শীংলূপ পূন্না চামিন-থকমিন্নদুনা ঈশ্বরগী পাউজেল তামিন্নবগী মথক্তা শান্ন-খোৎনবা জগোই-ইশৈ অমসুং ফাগি জোগাইনা অৱাবা পূম্নমক কাউথোক্কুনা হিংনিংহনবগী ঈনোৎ কুমহৈসিনা হাপ্লরি। ধর্মগী ওইবা মিৎয়েংগী মথক্তা মতম্নসু তবাম্না ওকপা কুমহৈসিগী মতিক-মগুন অসুম অসুম চাউবা হেনগৎলকপগী মরমসু লৈ। শারবা নুংশা মাযোক্লদুনা পাম য়ানবা, মৈ থাবা, শীং খুনবা, চিংজিন নোংলক্তা চরা তঙ্খাই চাদুনা সেবা তৌজখিবা মহৈ-মরোং য়ূম য়ূমদা পুখৎনবক্কুনা অৱাবা হন্দোক্লরবা মতমদা থুংলখিবা কুমহৈনি। অনৌবা মহৈ-মরোং য়োল্লগা পামজবা ফিজোল লাংনদুনা কেবা ফজবা তান্নবগী চহীদা অমুক্তা লাকপা চয়োলসিদা নহা ওইবশিংনা খর হেন্না লাঙজৈ। মাইক্কী নুংশিরবা ঈশৈ

কয়ানা ঈথক-ঈরাং হাপকৎতুনা চীংনুং-উমং শিন্থুংনা মথুম-মরাঙ হৌহল্লকপদা শা-উচেক ফাওবা হরাওবা য়াওরমগদবোই খল্লি । ঈথক-ঈপোম্না য়েরুবদা নোংপোক মায়কৈদা পরেং লেপ্লিবা মীরৈবাক্কী চীংজাউ পূম্বা ইঙক ঙক্লা য়েংলকপগুম তৌই ।

বরদিন মনুংদা অহিং-নুংথিল লেপ্তুনা খোংলকখিবা মাইক হুম্নি শুবা নুমিৎতা বেট্টরী লোইখিবদগী অনৌবা অনী লৌবা চৎলুবা পাখং তরুক চহী লোইবা নুমিৎ নংনবা নারুমদা মথং নুমিদাংৱাইদা থুংলুদবা য়াদবনি । মাইক্কী নুংশিবা ঈশৈ, গীতরগী খোঞ্জেল , বাইবলগী ৱাপাউ ময়াম্না চীংনুং খুল অদুগী চাউথোকচবা অমদি ইকাই খুম্নবা পুরক্কদৌরিবনি। বেট্টরী অনী পুদুনা লাকখিবা পাখং তরুক্কী অৱাবা খঙদবা মতৌ উরগা তুং ইল্লিবা থোইবাগী চোকথবা ফনা য়াম্না মাঙখ্রে ।

মাঙ থাবা নারুম পাখংনা হায়," ওজা, খুলসিগী মীশিংসি খুল্লানবা লেক্কে হায়বা য়াগন্দবনি, মখোয়না হায়রকপদা ইকাইরবদি ঐখোয় থুংফম লৈরোই ।"

" য়েংসি ইনাওশা ।"

" ইমুং অমদা মী অমমম চঙসি ।"

মীতোপ নিপাল উবদা হূইনাও ফাওবা খোংলকপনা চীংগোল পূম্বা থ্রক থ্রক নিল্লি। খ্বাইগী মচীন থংবা যুমগী শুমাঙদা মখোয় য়াচংবা মতমদুদা লেপ্লম্মী । পাখং অমা চঙশিন্দুনা লোল্লিবা থোঙ নম্লগা কন্না কৌরুই, " কনা কনা লৈবগে, থোঙ হাংবীয়ু ।"

কনাসু খুম্লক্কে, থোরকপা মৈখুগী মপৈ মপৈনা ইমুংদা মী লৈ হায়বদি তাক্লি, থোঙ অদু মখোয় চঙলক্কনবা লোনবা ওইরমগনি হায়বসু খঙনখ্রবনি । পাখং অনীনা শাফু কন্না ইল্লুবদা গদ্রঙ লাউনা থোঙ হাংদোকখ্রে । হনুবী অমা থোরক্কুনা শাওনা থোঙবা পায়রগা থৎপগী মওংদা লেপ্লম্মী ।

" ঐখোয়গীসি ঈশিং শোকপীনবসু লৈতে , চেঙসু লৈতে, থুংবদা নুংঙাইরোই ।"

" ঐখোয় করি অমত্তা নিজরোই , মী অনীখক্তা লেকহনবীয়ু ।" মাঙ থংবা পাখংনা হায়।

" অতোপ্পা মফম য়েংঙু।" যূম্নু অহল ইকাইজবনা শাওবা হেনগৎহল্লি।

পাখং মচাশিংদু করিসু নাচুংবীদে, খর নহা ওইবা অনীবু ইমুংদা ইনশিনখি। নম্ফু-হাফুগী থবক্তুদা যূম্নু অহল খোইদৌ শিক্লা চৈরকখি, " ইকাইবা খঙদবা করম্বা মীশিংনো, নমায়শিংদু শঙ্উন তোপ্পা ?"

থোইবা খোঙফম খর হন্দোকই। অনী চঙখ্রগা লেমহৌবা মখোয় তরুক যূম অমমম য়েন্থোক্লে । মথক ইথং থংনা লৈবা যূম অমদা মহাক লাইবক য়েংবা কাখৎলকই । ইমুংদুদা লৈবা মীশিংনা মহাক লাকপা হান্ননা উরম্বা তাই, কৌশিল্লকখি । ইকাই ইকাইনা চঙলকপা থোইবাগীদমক মৈনাক্তা ফল্লম্বী যূম্নু নুপীনা উতুপ্পা শেম্বা ফাল অমা থারম্মী । ফক্লাং ময়া নক্লা ফল্লম্বা চহী নৌরিবা মতৈ-মনাওদগী হেন্না অতোপ্পা কনাসু অপীকপা যূমদুদা লৈবা উদে । থা অমগী অঙাং চেল্লিবী যূম্নু মৌ নহা চাক থোংবা হৌরম্বা তাঞ্জামক্লি । মহাক ফমথবগা মখোয় অনীমক্তা য়েংলগা হংখি, " ইনাওখোয়তা লৈব্রা ?

" হোয় ইযাম্বা, মীরোল লৈতে । ঐখোয়গীসিদা থুংলবসি ইকাইজখ্রেদা ।"

" কবিগী, ইকাইজরিবদি ঐনি, অহিংসিমা য়েৎচগদবনি খল্লুরগা ।"

শৌগৎপা হৌরক্লবা চফুদা চেঙ খর হাপ্লল্লগা অঙাং চেৎনা পোশিন্দুনা মৌ নহা পুন অমগা মপান থোকখি । যূম্নু নুপা এঞ্জাং শেল্লি ।

" ইযাম্বা এঞ্জাংদি পান্নি, অসিনা লেনবা তারে ।"

" ঐনা পামজবা এঞ্জাংনি ।" থোইবানা হায়।

" ইয়াম্বদি করি খুন্দগীনো ?"

" তম্পাক্তগীনি, হৌজিক্তি লাম্পীদা লৈ ।"

" করি খুন্দা চৎলুবনো ?"

" ততয়াংদা চৎলুবনি ।"

" লাম্পীদা লৈবদি কয়া কুইরে ?"

" চহী ফারক্লে , ঐ খুন্দুগী স্কুলদা ওজা ওইবনি ।"

" ও ! ওজা , মখোয়গী খুন্দা লৈবদি নুংঙাইব্রা ?"

" হোয়, ঐবু লুনা তৌবী ।"

" মখোয়গী লৈশাবীশিংদি সেবা হৈবনি ।"

" পাখংশিংগীসু ফজৈদা ।" থোইবা য়ূম্বুগী ৱারোল খঙনা নোক্লম্মী।

য়ূম্বু ঙাইহাক শৌরক্লবা চফু থাংথরগা মৈতাল খোৎতোক্কুনা য়াইশিনখ্রে, উয়াস্সু থাঙ্গৎখ্রে। ঈশিং শোকপা চৎখিবী নুপী হল্লক্ত্রি। থোইবা নুংঙাইজদে, মপাল্লোমদা তোয়না য়েংদুনা লৈ । মহাক্কী ৱাখল উবদগী য়ূম্বু নুপানা হায়রকই, " ওজা, ঐখোয়গী ঈশিংখোং খর লাপ্পনি, য়ৌরকপা মতমদি ওইরে ।"

মখোয় অনী ঙাঙনরিঙৈদা অঙাং কপ্পগী খোঞ্জেল তারে । মৌ নহা স্বর ফি ফি হোন্দুনা ঈশিং পুন ইমুংদা থারে । থাবল ফজনা থোক্কুনসু অদুক শাংবা উমংগী লম্বীদা ঈশিং শোক্লবগী থৌনা উবগা থোইবা লোন্না থাগৎলি অদুবু নুংঙাইজদে । চীংমী নুপীশিংগী থৌনা হান্নদগী খঙদবা মীশক ওইরমলবদি খর হেন্না ঙক্লমগনি । মৌ নহানা চফু মচা অমদা পুন দগী ঈশিং খাইদোক্লগা মৈতান্দা য়াই। শৌগৎলকপা এঞ্জাং ওৎলম্বা য়ূম্বু নুপানা লপথক্তগী অকংবা শা মকক অমা মৈনুংদা লৌদুনা থোইবাদা য়েংঙি ।

" ওজাদি শা হৈনবীব্রা ?"

" ইনাওখোয়গী কায়দনবা হোৎনবীয়ু ।"

" খঙজরে, ওজা হৈনবীদ্রে । তোঙান্না লাঙজগদবদা থাউ, ঙা, ঙারী অমত্তসু লৈতবনা করি তৌসিগে, এঞ্জাংসি খজিক্তং হান্না খাইদোক্কুনা থম্বা নত্তনা উপায় লৈত্রে ।"

" অদুদগী হেন্না ফবা লৈত্রবনি ।"

য়ূম্বু নুপীনা উ-খুদেংদা অশাবা ঈশিং হৈদোক্লগা থোইবাগী মাঙদা থল্লগা হায়, " ওজা খোঙ শেংদোকপীয়ু, চাক চানবা তৌরসি ।"

ঈশিং অদুগীদমক ঈ-নৌরিবী মৌনহাদুনা ৱাজখিবদু খল্লুরগা থোইবা য়াম্না পাম্মুখি, মমল লৈনা তৈবগুম শিজিন্নৈ । মখোঙ-মখূৎ হাম্বা লোইবগা মহাক য়ূম্বুগা লোয়ননা চাক চাবা হৌরে । থুম-মোরোক্তগী হেন্না থাক্তবা পান থোংবা য়াম্না পাম্না থোইবানা চাবা উরগা য়ূম্বু

মতৈ-মনাও নুংঙাইজদবা খরদি মাঙখ্রে। যূম্বু নুপানা মহাক্কী কেগামদগী লৌখৎতুনা কন্না চিক্লিবদু শাগী মমৈনি হায়বা থোইবানা উই। যূম্বু নুংঙাইতরপ হায়," ওজা উমংদা পানবা ঐখোয়গী চিঙ্জাক অসিনি।"

চাক চাবা তোক্লবদা মখোয় মৈরোমদা ওনশিল্লে। চাক মতুংগী কা হেন্না ঈংবা ঙাকথোক্লবা থোইবা ৱারী হৌই ।"

" ইনাওদি কুমসি ফৌ কয়া য়াম্না লোকপগে ?"

" য়ামদেদা , চাং হুম্ফুগুম্বদি ওইগনি, থোইদিং চাং তরানিথোই, লশিং পোলাং নিপাল,অতৈ হৱাই খরগা।"করিগুম্বা অমা নিংশিংলকপগুম নুপা অদু মহাক্কী নুপীদা ওনশিনখি, " ওজাগী হৱাই খর ঙৌসি ।"

" য়ারে,য়ারে।"থোইবা লেম্না চাথোকপা পামজদবনি। "হৌজিক্তা চাক চারি করিনো , ইবেম্মা ৱানবনি ঙৌরুরনু ।"

নুপী চফু থাঙ্গৎতুনা লৈবাক হৱাই ঙৌবা হৌখ্রে।

" নঙগী লৌগী পোখোকশিংসিদি কদাইদা য়োল্লি ?" থোইবা খঙনিংঙি ।

" লংফৈ লাকপা মৈতৈশিংনা লৈখিবনি ।"

" মখোয়দি করিদা পুখি ?"

" মকোক্তা , লাইরবশিংনিদা, মাইল য়াঙ্খেনি লূম্না পুখ্রিবা ।"

" কবোশিংদদি য়োল্লুব্রা ?"

" পুখদে, মখোয়রোমদদি য়াম্না হোংঙি ।"

" কুমসিগীদি কয়া য়াম্না য়োনখ্রে ?"

" অমত্তসু য়োন্দ্রি । হাকুম মীঙোন্দগী পুরুবা শিংদোকখিবদা কুমসিগী কোন্নগদবা মান্দ্রে । কুমহৈগী শেলখায়গীদমক ওক অমা খুন্দা য়োল্লগা চৎনখিবগী ফবনি, নৎত্রবদি য়াম্না তাইরমগনি।"

ৱারী শান-শাননা থোইবা লৈবাক হৱাই ফনা য়াম্না চাখ্রে। ফং ফং শাবা হৱাইনা অৱাবা ফজনা কাউহল্লি। কন্না কপ্লকপা মচা থেম্না থেম্না ৱাচেৎকী ফোপ মথক্তা চন্দ্র থারগা শেম্বা ফুমুংদা নুপীদু কাখৎখ্রে। চন্দ্র মথক্তা শুপ্নতগী ঙৌবোং অমা থাই। অনীশুবা লাঙ্গাওগী সিফাইশিংনা হুন্দোক্লম্বা শেগাইরবা কম্বল খরনা ফোৎলগা শেম্বা পোম্ফ্রী অমা অপাবা ঙৌবোং অমনা হাকথং থংবা ফৈজুপ শুপ্লগা মহাক হিপথখ্রে । হাকাম

তোয়না চল্লবা যূম্বুনা পয়া ফক অমা মৈনাক্তা তিংথোক্লগা থোইবা য়েংদুনা হায়, " ওজাদা খাইনবা ফি অমত্তা লৈতে। ফক অসিদা মৈ য়াইরগা খাঙবীবা তারে। মদুগীদমক খল্লুরগা ঐখোয় য়াম্না নুংঙাইজদে।"

" হোয়দা, মৈ অশুক কন্না থারিববু।" থোইবা অদুক খুম্বা হায়বদুনি।

যূম্বু মহাক্কী নুপীগী নাক্তা হিপখ্রে। চক্র অমদি ব্রাচেৎনা মখোয় অনী তৎতনা য়াওল্লি হায়বা তাকই। থোইবা হৌজিক ফাওবদি নঙ্গন য়াইদুনা ফল্লি। খ্বাইদগী অহিং শাংবা মতম অমসুং চীংদোনগী উন পুবা নুংশিৎ মহাক নিংশিংদবা নত্তে। শেৎলিবা ফুরিৎ-খোংগ্রাউ,হাফ সুইটরখক্তনা খাঙনবদা ব্রাগদৌরি হায়বা থোইবা খঙখ্রবনি। অপিকপা অঙাং চেল্লিবা মতৈ-মনাওনা শুপ্লিবা মতিক চাদ্রবা ফৈজুপ য়েংলগা মহাক ফি অমত্তা নিবা ঙমখিদ্রে।

অচৌবা উপী শীং মঙানা মৈরী হুন্না চাকপদা অহানবা পূংজা খরদি থোইবা অঙ্গৈংবনা কা হেন্না লাকথুরক্কনি হায়বা খল্লুদে। অসুম কুইশিল্লকপদা ফান্দুপকা তক্লবা নিংগোং অনীমক হুবাৎলবগুম নারক্লে,লোয়ননা হিপথনিংবনা চুম্না ফম্বা ঙমশিল্লক্ত্রে। ফকপু মৈফম নক্না চিংশিল্লগা ফম্নবা ফান্দুপ্তা মোন খাঙদুনা মহাক হিপথরম্মী। ব্রাইচিল্লবসু অঙ্গৈংবা ঙাক্লবা মহাক ফি খোঙউপকা লোয়ননা তূমথনবা হোৎনৈ। লমশাং লাকখিবগী মুল্লবা হকচাংদা মৈশানা লুম্বু লুম্বু য়ৈরকপদা থোইবা তূমথখিবা খঙহৌদে।

থোইবা মকোক ইঙাও ঙাওনা মীকপ থোরকখি। ঙাইহাক্তি মশাগী লৈফম খঙদ্রবগুম ইঙক ঙক্লা নিংশিংবা হোৎনৈ, য়াখৈ নিক্লা ঈংলম্মী। অঙাংনা ইখং ইখং খংনা কপ্পল্লি, অঙ্গৈংবা তাক্লি। ফুঙ্গাদা চাকহৌবা উপী শীং অহুম মৈনীং ওইনা মুৎলম্লে। ময়াই থংবা শীংদা অরাবা মৈতাল খরদি উরি। মখূৎ তিংথোকপদা নিকপগী চাং হেনগৎলকপনা থোইবা শীং মচীন তিন্নহনবা ব্রারে, স্বরনা কন্না কন্না কামদুনা চাকহন্নবা হোৎনবদা মুৎথরকপনা হেল্লি। মতৌদু উবদা মথক্তগী যূম্বু নুপানা হায়রকই, " ওজা, মপান য়েনখাদা ই লৈবনি, মদুনা থাগৎত্রবদি য়াররোই।"

অঙ্গৈংবা কিদুনা নৎত্রগা তন্দুনা লৈথোকপা মতম নৎত্রে, থোইবা

মপান থোক্লুনা ই থিরুই। নম্পুং অমা লৌশিল্লুবদা থোইবা ৱা ঙাঙবগী পাঙ্গল ফাওবা মাঙখ্রবগুম তৌই। নিকপগী চাং অসুম অসুম হেনগৎলক্লবসু য়াম্না ৱানা মৈদি থাগৎলে। ফক্লাং অহোবদগী চঙলকপা উন পুরকপা নুংশিৎ কনখৎলকপদা নোংয়াই মতুং ওইরম্লগনি তাক্লে।

ঙাইহাক তুমথরুবদা থোইবা চুরুট চামঙাদগী হেনবা ফুঙ্গাগী মৈখু থকখিবনা মকোক ইঙাও ঙাওরি, লোয়ননা মমিৎসু য়াম্না থুপ্লম্মী। অনাবা মীগুম পোথাফম খঙদ্রবদা মৈশা ফঙনবা হোৎনবদি মহাক লেপত্রি। তুং-মাঙ, খোঙ-খূৎ লৈ লৈদুনা মৈ য়াইবা হোৎনরম্মী। মাঙগী শরুক মৈশা ফংঙি, তুংগী শরুক চিকপা মখৈ ঈংঙি। নঙ্গল ওনশিল্লি, লাইবক্তা হুৎলি। খোঙ লুমহল্লি, না তৎকে তৌই। মিনিট অমা ফাওবা চুম্না ফম্বা ঙমদে, খ্বাং চিংথেকপগুম নারে, ঙাইহাক্তং অৱাবা হন্দোক্লবা ফক্তা শিৎ তিংথোকই।

লৱাইদগী খুদোন ফাওবা উচিরাই কারকপগুম ক্রক ক্রক লাকশিল্লকখি। থোইবাগী নাতোন মখুল অনীদগী চঙলকপা মৈ লোয়নবা উন য়াওবা নুংশিৎনা থাবোম্বীবু মথৌদা লৈতাদবা থোকহল্লে,পাঙ্গল য়াম্না মাঙখ্রে। মখোঙ-মখূৎ অনীমক পঙশিনখিবনা থাঙ্গৎপা ঙমশিল্লক্ত্রে। ফক্লাং অহোবদগী চঙলকপা উনগী নুংশিৎনা মৈশাগী ঙমখৈ য়াম্না পিকশিনহনখ্রবনি। অঈংবা খাঙবদা লৈয়েং ফাখিদুনা ৱা ঙাঙবা ঙমশিল্লক্ত্রবদা থোইবাবু ইকাইবনা থিংবা ঙমখিদ্রে, নিরকখি, “ইনাও, কোক কুপ্লবা ফি অমত্তং পীবীয়ু।”

মহাক্না হায়জরুবগী পাউখুম ঙাইবদা থোইবা মনা থাঙ্গৎলি, য়ূম্বু মতৈ-মনাও চেক-মোক লাউরক্কে। হৌজিক মহাক ইকাইবা ফনা য়াম্না লাপ্না তান্থোকপা ঙমখ্রবনি, অমুকসু লাউরপ হায়খি, “ফি অমত্তা খাইবীয়ু, ইনাও।”

কাংথক চরূ মরক্তা হৈনিংদনা য়াওনখিবা মতৈ-মনাও মুরুম মুরুম ঙাঙনৈ। কন্তক ঙাঙখৎলকপা নুপাবু নুপীদুনা চৈহৎখি। হিপফমদগী হৌগৎলকখিবদু নুপীনি, মমতক তৌবা ফক্লাং ময়াদুদা মহাক্কী মূর্তি থোইবানা ময়েক শেংনা উই। নুপী অদুনা শেৎলিবা ফনেক লৌথোক্লগা নিক্লুনা খাঙ লিবা, পিকশিল্লবা মহাক্কী মথক্তা লংথকরকখি।

" ওজা, অতৈদি লৈত্রবনি , মদু ইল্লু ।"

যূম্বু নুপীনা হিপথখিবগা অঙাং কন্না কন্না অমুক কপখৎলকখি । ঈংলবা মমা-মপা অনীনা থেম্বা কন্না হোৎনরম্মী । অঙাং ময়ুংনা চোৎলবা শেগাইরবা ফি খরসু মমানা লৈমায়দা হুন্থরক্লি ।

লৈরম্লোই খন্না নিখিদ্রবা, পীনিঙাই লৈতবনা পীখিদ্রবা ফিনা হৌজিক মথক্তা কুপ্লরবদা থোইবা মখূৎনা পাক শোকপা ঙমখিদে। নোংয়াই মতুং পূং অনীগী উন্না কোক্কী শম মতূম মতূম তাশিল্লক্লে। মহাক অঙ্গৈংবগী লাল লোইশিল্লগে খন্দুনা যূম্বু নুপীগী ফনেক মখোয়গী হিপফমদা থম্লম্লগা মপান থোরকখি, কোনাইনা চঙখিবা যূম তম্না লাকখিবনি। ইমুংদুগী মী পূম্নমক ফুঙ্গাগী অকোযবদা ফমদুনা ৱানা অঙ্গৈংবা খাঙলম্লি।

# ২১

হিয়াঙ্গে থা পানখৎলকপগা স্কুল অঙাংশিংবু নুমিৎ তরানিগীদমক ছুটি থাদোকখ্রবদা থোইবা খজিক্তং হাঙবা তাঞ্জা থোক্তুনা কোনাইখোয়গী লৌ পাংবা লাক্লম্মী। খুঞ্জাশিং নুংথিলগী মতম্মা কোন্নরক্ত্রে।তেশিল নুমিদাংদুদা লোকপান নক্লা অতেম্বা মফম অমদা হুমাং তানা লৌ খাওরি । চীংমায় নাপোমগী মমুন ফারবা ফৌ থাবলগী মঙান্দা লূপা চরোং ওনখ্রে । মনাক্তা লৈবা নুঙজাউ অমগী মথক্তা থোইবা ঙৌবোং অমা মকোক কুপ্লা ইল্লগা ফম্লম্মী। ফৌরক্তা অচৌবা নুঙ কয়া লন্তক লন্তক লৈবদু তশেংনা মহাক নত্তবা অতোপ্পা মী ময়াম অমসু তেশিলবু শঙবমক্লি । নুমিদাংদা লৌ খাওবসি মফম অমত্তদা থেংনরক্ত্রিবনিনা থোইবাদা ঙক্তক থোক্লি । মরক মরক্তা ফৌবোম থাননবা লেপখৎলকপী তেশিলগী মায়থোং নোংথক্কী থাজগা ঙানবা তান্নে । অঙীংবা শীংনদুনা চোংথোরক্লবা মহাক্কী লাইবক্কী হুমাং মরীক মুক্তামক্লি। লূপাগী ফৌরক্তা তেশিলগী থাঙ্গোলনা নোংথাংগুম হাইরি। হংচিৎতি খুলঙ থাদুনা ফৌ য়ৈগদবনি, খাওবা লোইহৌররোই থৱায় ৱাজবনা নুংশিৎকা থেঙনরবা হানৌগুম হাই হুম্না শুরিবী নৌরিবী তেশিল য়েংলগা থোইবা খোইশাওনৈ, হিংনবগী লালফমদনি খল্লুবগীনি। মহাক নুংদা শোনখি — ‘ শুগনবা লাইরবা , চাগনবা য়াঙ্গংবা লমদমসিদা খুয়াতুশিৎপদি কনাবু য়াওরিবনো । পুন্সিবু অশুক থীনা লাক্লবদি চুল্লোই ।’

তেশিলনা অহিং অহিং লৌ খাওরকপা তরানি হেল্লে, নুংথিলগী

মতমদনা অতোপ্পশিংগীদা খুলঙ চৎলুবনি । মনাক্তা ফমদুনা, করিগুম্বদনা মাগী থবক পাংবীদুনা মালেমগী তোঙান তোঙানবা মীওইবা কাঙলুপশিং অমদি মখোয়গী পুন্সি মরেল অমসুং লৈঙাক পথাপশিংগী মরমদা খঙহন্নবা তম্বীরকখিবা থোইবানা করিমত্তা ঙাঙদনা তুমিন লৈখিবগী মরম খঙবগুম তেশিল নোক্লম্মী লোয়ননা মখোয়গী শিনফম্না তোন্থনা খঞ্জবদু থৈদোক্লবা হোৎনরকখি।

" ওজা, চীংমী ঐখোয়না হিংলিবা পুন্সিগী মরমদা হেন্নসু খনবীরুনু। ঐগী পাঙ্গলবু য়াম্না পাম্মুবা মীশক অমা ওইবীরবদি অৱাবা কাউনবা ৱারী লীবীয়ু ।"

" করি ৱারী লীয়ুগে ?" থোইবা ৱাখল চঙডি, "ৱারীনা অৱাবা কাউহনবা ঙমগদ্রনে ?"

" অতৈনা ঙমদ্রবসু নশামক্কী ৱারীদুনা.....। "

" ঐ ইশাগী করি ৱারী ?"

" নঙগী নুংশিরবী, কায়নখ্রবী নুপীদুগী।"

" কায়নখ্রবী কনা ?"

" নঙনা নথ্বায়মক্কুম খঞ্জবী লৈশাবী অমা লৈরম্মী হায়নৈ।"

" কনানা হায়রিবা ?"

" ইপাখোয়না ৱারী শানবদগী তাবনি । মখোয়দা উখুল পাস্তরনা তম্লকখিবনি হায় ।"

" মখোয়না হায়রবদি চুল্লমবসু য়াই ।" থোইবা থুপ্লপ নোক্লম্মী ।

" অদু ওজা, কনানো ? কদাইদগীনো ?"

" অদু খঙলগা নঙোন্দা করি কান্নগনি ?"

" ৱারী তারে, খঙনিংবা কোক্লেদনা । ওজা, লীবীয়ো । মমিং করি কৌই ?"

" করম্বগীনো ?"

" হাইমা ! অমত্তা নৎতব্রনে, কয়ানো ?"

" শকফম খেন্নবা অনীনি ।" থোইবা নোকই । " ঐসু নুপা ওইবগী চাউথোকচবা লৈ ; অমনা তমগী , অমনা চীংগী ।"

" মমিংদি করি করি .....?"

" তমগীদি হায়ররোই, চীংগীদু মোসোফি কৌই ।"

" মোসোফি ! অদুদি তাংখুলগী মিংনি ।"

" চুন্মি ।"

" কনাগা হান্না নুংশিনবা ?"

" অঙাং ওইরিঙৈদগী মরুপ ওইরকখিবী তমগীদু থমখ্রসি । মৈশা ফাওরিবা ৱারী মতেক অমত্তং নৌহনসি ।"

" মোসোফিগী ?"

" মহাক্কী ৱারী লীথোকপদা মতিক চাবনি ।"

" চীংমী নুপীগী নুংশি-নুংওন্দুনসু হেন্না তানিংলিবনি ।"

লৈচিলনা থা খনখিবগী মমতক তৌরকপা মতমদুদা অঈংবা নুংশিৎকী ঈপোম্মা চীংদোন লৌদগী লৈশাবীগী খোঞ্জেল অমা পুরকই ।

" হো তেশিল, কয়া কুইরে ?"

" হৌজিক্তা থোরক্লি, নঙদি ?" তেশিলগী খোঞ্জেল খোন্থাং য়ৈনা নাপোম কয়া লানখি ।

" খাও, খাও ; কন্না খাও, শঙবীনবা লৈবনিনা নোংঙানবা ফাওবা খাও ।"

" হিংচাবী , ননাক্তা থারক্লে, নঙ হেক খাও ।"

কন্না নোকখিবী লৈশাবী অনীগী মেঙলবা খোঞ্জেল অমত্তা ওইনা হাইগৎখিবদা নোংথক্তগী থাজনা ইখং খংবগুম য়েংথরকখি, মাসু মোমোন নোক্লি । হৌজিক তেশিলগী পুক্লিং ৱারীদা লৈরি ।

" ওজা, লীরো হায়রগা, তুমিন লৈরিবদি করিগীনো ? মখোয়গী মমিং পনবতদা পঙথখ্রমাল্লে ।"

থোইবা অথাপ্পদগী লাকখিবা খোঞ্জেন্দু য়ানিংখিদে , হায়রকই , " ঐগী খূৎ থাঙ্গোন্না শোক্তুনা লৌ খাওবা য়াদ্রে খঙদবদগী মখোয়না ঐবু মীরেম-থৌরেম ওইনা লৌরে ।"

" হায়নিং হায়জনিসে, ফাগিদবু । ৱারীদুম লীরো ।"

অতিয়াগী মপুং মরৈ ফারবা অরংবা থাজ য়েংলুবদা পুক্লিং ঈপোম হৌরকপগা লোয়নননা থোইবা ৱারী হৌই ।

— খুল অসিদা লাকত্রিঙৈ মমাঙদা ঐ হুইনিংদা ওজা ওইরম্মী। মদু

কমীশিং য়াম্বা অচৌবা খুলনি। পাখং-লৈশাবী মরাং কাইনা লৈ। খুন্দুগী লৈশাবী মোসোফি কৌবী অমগা ঐগা য়াম্না চান্নজখি । খুঞ্জাশিংনা ঐখোয় অনীগী নুংশিনজবা খঙনখ্রে লোয়ননা চৎমিন খোৎমিন্নবদা অথিংবা পীরমদে। ' নখোয় অনী করম্না লুহোংগনি, মৈতৈগী চৎনবীদা নৎত্রগা খৃষ্টিয়ানগীদা ?' হায়বা ৱাহংসি তোয়রে । ঐ অশেংবা পাউখুম পীবা ঙম্লমদে, মরমদি ঐখোয় অনী মসিগী মরমদা খক ত়ানখিদ্রি । ঐখোয় লুহোংলগনি হায়বা ফোংনা লাউথোকখিবা লৈত্রবসু খুঞ্জাশিংনদি অরেপ্পনি খন্নরে। মসিদা মোসোফিনা য়ানিংদবা উৎখিদে,ঐনসু লাল্লি হায়খিদে। —

তেশিল থাঙ্গোল থাঙ্গৎতুনা লেপখৎলকই, " ঙাইখো ওজা, করম্না মোসোফিগা থেংনৈ, করম্না নুংশিনরকখি, করি নুংশি ৱারী শানৈ হায়বদু চিৎথরমগনু । ওজাগীসি লোইরমদাই মাল্লি ।"

" মানি, করম্না ঐ মৈচাক পুরি হায়বদুখক্তনি ঐনা লীগদবা । অতৈদি থম্মোয়নুংদা থুপ্তুনা লৈরসনু ।"

" ফৈ,অদু ওইরবদি মৈতৈ লৈশাবীগীদু অমুক অহৌবদগী লীহনগে।"

" অদুমত্তংদি নঙোন্দা খৃৎ লোন্নজরি , ঐ লীররোই ।"

" মমিং ফাওবা তাক্লিংদ্রে ?"

" অদুবুদি,হেমা কৌই ।"

" মাসু ফজরমগনি । অনীমক্কী মিং নুংশি ।"

থোইবা ৱারী হৌরে খঙনবা অমুক্তং খৌদেল্লকই ।

— মোসোফিনা ঐঙোন্দা মখোয়গী লৌদা চৎসি হায়না হৌরকপসি তোয়রে । ঐ পাক য়াখিদে, মরমদি ময়াম্না করি হায়নখিনি খল্লুবনি । চহী তঙ্খাই পরীক্ষা লোইবা মথং নুমিৎতু অঙাংশিংনা হায়জবদগী ছুটি থাখ্রে। ইথন্তা তুমিন লেনগদবা নুমিৎ অদুগী অচেংবা য়েংদুনা মোসোফিনা ঐঙোন্দা লৌ চৎলুসি হৌরৈ। ঐ মাই হায়বা ঙমখিদ্রে ।

ইঙেন থা লোইগদৌরে। নুমিৎতু মোসোফিনা মাঙ চিংদুনা ঐ লৌগী লম্বী ইল্লকই । হাংখিবা কুইদ্রিবা নোংনা চামথোক্লল্লবা উনাশিংদা পকপা ঈশিং মরীক মরীক্তা নুমিৎ মঙালনা য়ৈরবদা মুক্তা লোইনবা ওনখ্রে, মিৎ ইথক থকহল্লি । অঙস্বদা চেন্থখিবা ঈশিংনা হল্লম্বা কোঙ্গুৎশিংদা অরূবা

ঈশিং থন্না তুংলি। শৃৎ শৃৎ নানবা লম্বীদা খোঙফম য়েংনা নেৎতবা য়াদবনা সম পুদুনা মাঙ চিংলিবী মোসোফি মরক মরক্তা হৱাও মোমোন্দা হায়ফেৎ য়েংলকপা নত্তনা ৱারী শানবা য়াদনা চৎলম্মী। মওং অদুদা য়াম্না কুইনা কৃমথরবা তুংদা তুরেল অমা তারে।

" নখোয় লৌ য়ৌদ্রিব্রা ?" চৎপা ৱারকপদগী ঐনা হংখি।

" তুরেল ৱাংমগী চীং মচাসি লানখিগনি।" মোসোফিনা খূদোম্বী থিল্লম্মী।

" অসুক লাপ্পসিদনিকো নঙনা নুতিগী চৎলিবসি ?"

" অসিবু লাপ্পা কৌব্রা ? ঐখোয়গী লৌদি নকই হায়নরিবনি।"

" হাকুম পোক্নুদা নখোয়না পুরকখিবা ফৌদু অসিদগীরা ?"

" লৌদগী নৎত্রব্দি কদাইদগী হোল্লক্কনি ?"

" মফম অসিদগী রিংফামীনা ফৌ শংবাই অহুম পুরকখিবা কল্লি কল্লি, রিংফামী কল্লি।" ঐ ফজনা ঙকখি।

অথেনবা ঈরানফম মপা য়েংদুনা ঐখোয় তুরেল লাম্হোক্লে। পিক্লা উবতনি চীংদুমদু লানবদদি মতম শাংনা চঙলম্মী।

মোসোফিখোয়গী লৌ য়ৌরে। চীংনা কোয়শিনবা, নাইতোম লৈবা, মখোয়গী লৌদু ঈথৈ ফংবা ফজরবা পরী অমগী চাংনি। চীংখোঙমক্তা শাবা লৌশঙ নক্লা ইঙ্খোল শেম্মি। ইঙ্খোলদুদা এঞ্জাং-নাপী, থবী, মাইরেল, তরবুজ অমদি হৱাই মখল কয়া থাই। চীংথক্লোমদা খজিক্তং হাইগৎলগা ফৈদোম অনীগী চাং চাউবা চুজাক লৌ অমসু লৈ। অচৌবা যৃম্বী য়ুংদুনা শাবা লৌশঙ য়াম্না নেম্মি, ঐখোয় থোঙদা নোম্থরগা চঙলম্মী। শঙ মনুংগী মৈ থাফমদা অকংবা শীং মরাং কাইনা পৈ। চাক এঞ্জাং থোংনবা চফু অহুম্না শগাইদা, ঈশিং হোন্নবা মৈরুবোব উতোং মরি অমসুং তুম্বা অহুম্না ফক্লাংদা ঙারগা থল্লি। অমনবা, শেগাইরবা ফি খরসু ফক্লাংদা য়াল্লি। শঙনুংদা মফি হোংলুরগা মোসোফি লৌবুক কৃম্নবা থোরক্লম্মী।

" ওজা, নঙ মৈ হৌগৎলু। নুংশাগী মওংসি নোং লাক্কদবা মাল্লি, ঈংগনি।"

" তাঞ্জা য়েংসি, হৌজিকমক্তি ঈংদ্রি। ঐসু লৌ পেংবা য়াওগনি।"

" ইঃ করি হায়বা ?"

" অদুগীদমক লাক্লিবনি ।"

" নঙসে ? হৈগদ্রনে ?" মোসোফি কন্না নোক্লম্মী ।

" অদুম য়েংঙু, নঙোন্দগী হেন্না হৈরল্লবদি ?"

" অদু ওইরবসু কৃল্লক্কনুদা ।"

" লৌরীদা লেপ্তুনা নুমিৎ চুপ্পা নঙবু শঙগদবা,সুম য়েংদুনা লৈবা ।"

" য়েংনিংদ্রগা শঙনুংদা তুমিন ফম্মু । নৎত্রগা চীংথক্তা কারগা ইশৈ শকউ ।"

" ফমদুনা লৈহন্নবা ঐবু লৌ চৎসি হায়না করিগী হৌরি ?"

" ব্রাগনি হায়বীবনি, যাদ্রবদি কৃমথরো ।"

ঐঙোন্দা হৈনিংদবা লৈখিদে,ফুরিৎ খোংগ্রাউ থেকৎতুনা ঐ মোসোফিগা লৌবুক্তা কৃমথরে । থোৎ নৌরিবা অমদি অশংবা ফৌনাশিং নুংশিৎকা থেংনবদা হরাওদুনতা লৈবগুম লেং লেং নোম্লি । চীংমায নাপোম শিন্থুংনা কৌজেং হারিশিংনা ইশৈ তান্নরি । চীংদোনশিংবু কেকু লোৎপী শান্নহন্নবা মায়কৈ খুদিংদগী লৈচিল মপৈ মপৈ লৈনা লৈনা পাইশিল্লকপা লেপ্পে । উচান মশাদা তোংবা চোঙা অমদি খোইনিংনা অচিকপা মফম ওইহন্নিংদবগুম পৃম্নিল নিলনা খোংলি । ঐ থবক শুরি হাযবদি কাউদবনা খৃৎ অনীমক মথৌ চিলহন্দুনা, লৈখোম খোৎতুনা কন্না নাপী পেংলম্মী । মোসোফিনা ঐঙোন্দা তোয়না তোয়না য়েংলকই ।

" অসিদি য়াম্না হৈরিপোৎনিনা ।"

" করি শোয়রবগে ?"

" হৈমল্লম্বদুদা ঙকপা । অসিগুম্বা থবক্তা পুক্লিং চঙগনি থাজরুদবা ।"

" মতম মতমগীনি । থবক খুদিংমক পুন্সিগী শকক্লি খনবশিংনা তনফম থোক্তে ।"

" হৌজিক শুমিন্নরিবা থবকসি ঐখোয় অনীগী পুন্সিগী শকক্লা ?"

" করিগী ওইদনি, শেৎতোক্লবা য়াররোইদবা, কাউথোকপসু ঙল্লরোইদবা, হুন্দোকখিবসু লুরগদবা ।"

"মমল কাহল্লি ; করিগুম্বা নঙনা খুল অসি থাদোক্তুনা চৎখ্রবসু মসিগী নিংশিংবদি পুখিগদ্রা ?"

" পুখিবা নত্তে, ইশাদা পক্কুনা লৈরগদবনি ।"

" ঐবু থাপ্না হুন্দোক্লম্লবসু ?"

" থাপখিবা হায়বা অমুক লৈখিগদ্রা, নঙদি ঐগী থম্মোয় নুংদা মতম চুপ্পা লেঙদনা অসুম লৈরবনি ।"

" ওজা !"

" মোসোফি, ঐ অশেংবা হায়বনি, নঙনা ঐঙোন্দা হিংনিংহনবগী ঈথিল পীবি, অনৌবা আশাগী ময়োন চোংহল্লি । ঐগী ব্রাখল নঙোন্দা লৃপ্লি ।"

" ঐগীদমক ,কবিগী ?"

" নুংশিবগী ।"

" থাজদে, নঙনা হেমাবু য়াম্না নুংশি ।"

" নঙবুসু নুংশি, হাযফম খঙদনা নুংশি ।"

" নরৌদু ! " মোসোফি খজিক্তং নকশিল্লকই, " চীরোন্দুনা ঐবু ঙাওহল্লে, অদুবু ঐ খঙঙি, হেমানা হেনফম থোকই ।"

" কবিগী ?"

" মাদি মশক ফজৈ, লাইরিক হৈ, ইনাক খুল্লি, তম্পাক্কী হৈ-শিংবীনি ।"

" নঙগী ব্রাফম ঐনা লান্না তায় । মহাক্কা ঐবু নুংশিখিবগুম নঙনদি খল্লুবা ঙমদ্রি হাযবনা চূনগনি ।"

" ওজা, অচুম্বা ঙাঙনসি ।"

" ঐগীসি অরানবনি লৌরবদি অশেংবা অমদি হায়গে ।"

" করিনো হাযয়ু ।"

" নঙনা নোংমা হায়খিবদু চুম্মি ।"

" করিনো ঐনা হাযখিবা ?"

" ঐগী থম্মোয়গী মৈচাক নঙনা মুথৎকনি, কাউরব্রা নঙগী ব্রাশক? ইরোই শেনফমদা শয়েঙ তিংখিবদু ।"

" ওজা, নঙনা ঐবু য়াম্না হরাওহল্লে । ঐ নিংশিংলক্লে, মতমদু নঙগী থম্মোয় মৈ হৌরিবনি । হৌজিক্তি মুৎখুব্রা ? মৈনীংখাক লৈহৌদ্রেকো?"

" ফজনা মুৎখ্রে, নঙগী যাদু কল্লি ।"

" তশেংনা মতম চুপ্পগী ?"

" অদুবু হৎনিঙাই মরম লৈরিব্রা ? মুৎখ্রবা মৈনা মথন্তা অমুক চাকখৎলকপা ঙম্ব্রা ?"

" নুংশি মৈদি অদুম তৌই, চাকখৎলকই হায়নৈ ।"

" অদু ওইরবসু কিবীদ্রে, ঐগী থম্মোয়নুংদগী হৌরক্লিবা নঙগী নুংশি ঈফুৎ চাউই, কংবসু নাইরোই । চাকখৎলক্কে হোৎনরকপা মৈরি ঈফুৎসিনা ইরাই লাইনা মুথৎপা ঙমগনি । মোসোফি,ঐনা নঙবু নুংশিবসি চাং ওন্দুনা উৎপা য়ারল্লবদি খঙলমগদবনি ।"

" ওজা !" মোসোফি ইখং খংবগুম চপ লেপ্তুনা ঐঙোন্দা চেপতক য়েংলকপদা ঐগী থম্মোয়দা দং য়েরে । মাগী মোমোন মীনোক্না অমুকসু কুঙাওনহল্লে, হায়রকই ," তাৎতি নত্তেকো, ঐবু শুম্লবা ।"

" অখাকপা য়াওদনা ফোংদোক্লবনি ঙসিদি, ইকাইবসু থাদোকখ্রবা ।"

" ঐদি নঙবু উবা নুমিৎতগী ফোংদোকখ্রে ।"

" কৈদৌঙে, করম্বা মফমদা ?"

" চর্চ মনুংদা, নঙনা ইহান হান্না লাকখিবা নুমিৎতু ।" মোসোফি নোকই ," ঐসি ইকাই খঙদবী তারে, চর্চ মনুংদবু ।"

" ধর্মগী পাউজেল শন্দোক্লিবা অশেংবা মফমদুদা ঐসু খঙহৌদনা নুংশি ঈহৌরকখি, অকায়বা লৈব্রা ?"

" লৈরম্ফম থোকই, মরমদি ঐখোয়গীদু ধর্মগা চুশিন্নবা ৱাবা নুংশিনবগী মচুনি ।"

" করম্না ?"

" ইশা ইশাগী য়েংবদা লূপশিল্লি । অপাম্বা অমদি মিহৌবা য়াওদবা নুংশিবা নত্তে ।"

" অদুদি ঐখোয় পাপ লঙজখ্রব্রা "

" ইশাগী কান্নবা অমসুং অপাম্বনা মাঙওইনরমদ্রবদি অশেংবা নুংশিবগী মচুদা লুপশিনখিবা য়াই, পাপকী লাংদগী নান্থোকখ্রবনি ।"

" নঙগী ধর্মগী ৱাসি কনাদগী তম্লুই?"

" ঐগী ইপা খুলসিগী অহানবা পাস্তর ওইরম্বনি ।"

" পাস্তরগী মচানুপী," ঐ মাগী মিৎ অনীদা চঙথোকখ্রে। " অশেংবা নুংশিবদা কৎথোকপা লৈ, ওইজবা থিদে হায়বনিনে নঙগীসি ?"

" চুল্লবনি ।"

" অদুদি ঐনা হেমাবু নুংশিখিবগী মচুদু হায়য়ু ।"

" নখোয়নিমক্কী নুংশিবা অশেংবনি, তরু তরুই। নশাগী য়েংনখিদে। হেমাগী য়াইফনবা খল্লগা নঙনা মাবু থাদোকখি ।"

" মোসোফি ! " ঐঙোন্দা থুক লাউখি ।" নঙগীদি লোৎনিংলি?"

" নঙবু ফংনবা হোৎনবনা ঐগী লাইনিং ওইবনা ঐগী মচুসিদি হায়দোকপদা লেমজদে । অদুবু হৌজিক্তি নঙনা ঐবু থাদোক্লরোই হায়বগী থাজবা অমদি পুক্নিংদা লৈরে, ঐগী হৱাওজবগীর ঙমখৈ লেপ্পা ঙল্লরোই।"

" মদু খঙবীবগীদমক ঐনা নঙবু থাগৎলি ।" লৌবুক্কী ঈশিং খুজোক অমা শোক্তুনা ঐ মফম খঙহৌদনা মোসোফিগী মমায়দা চাইশিনখি।

" মপোক চামরক্কীনি, কাউজনু।" লমন্দা মহাক্না চাইরকপদু খুজোক তরানি। ঐ পুমচোৎ চোৎলে ।

খঙহৌদে ঐখোয়গী ঈথক্তা ৱাওথাংনবা লৈচিল শন্দোরকখিবা। অনকপদা লৈবা চীং ফাওবা উখিদ্রে । য়াঙনা শিৎপা অঈংবা নুংশিৎনা অচোৎপা ফিদা য়ৈরবদা ঐ নিংথম চল্লি । মোসোফি ঐগী ইতৌ য়েংলম্মী।

" শঙদা চৎলো, মৈ থাগৎলগা য়াইরুরো,য়াম্না ঈংনা উরে ।"

" নঙদি ?" মহাকসু ঈংলম্লগনি ঐনা খল্লুই ।

" ঐবুদি হুমাং তারি।"

" নথন্তা পেংহৌগদবা ?"

" নঙনা শঙদা কাখিবদু ঐবু হুদোক্লম্বনি লৌজরোই ।"

" ইথন্তা তুমিন ফম্লুগদবা ?"

" হায়খ্রেনা,হৈনদ্রগা ঐ তানবা ইশৈ শক্লকউ । চৎলো, কাখৎলো।"

ঐ শঙদা লাক্লে । অকংবা শীং খন্দুনা মৈ তন্না হৌরম্মী। কন্না চাকপা মৈনাক্তা ফম্বদগী চোৎলম্বা ফি কংলে। লৈচিল্লক্তা ফাওদুনা চঙলকপা অঈংবা নুংশিৎনা ঐবু ৱাহনবা ঙমদ্রে, মিৎ থোক থোক উইরকই। ইশাবু

কাউখিবগী মথক্তা মোসোফি লৌবুক্তা লৈ হায়বা নিংশিংলুদ্রে। মহাক্না কন্না লাউরকপা খোঞ্জেলনা ইখং খংহল্লবদা ঐ ইঙাও ঙাওই ।

" তুমিন্না লৈখ্রিবা করিগীনো ? তুম্লব্রা নৎত্রগা .....?" মোসোফি করিনো অমা নপশিল্লকখি ।

" মৈ য়াইহরি, নঙসু কারককখো ।"

" ঐদি লাকখিরোই, হেম্নাগী ব্রাখল কায়গনি ।"

" নচীন্দু শেংনা চামথোককখো ।"

" নঙগী থম্মোয়বু ঈরুজথোকপীবা শেংহনবা ঙমদ্রি ।" মোসোফি কন্না শিথ-ব্রান্থমখৈ নোক্লম্মী ।

মোসোফি তুমিন লৈখ্রবদা মাবু লক্লগে খন্দুনা ঐ ইশৈ অমা শকখি।

ঐগী পুক্লিং তরঙসিদা
অরি-অনৌ ঈরৈ নুংদা
পাম্মু ঈথক হৌরকপগা
নুংশি জোব্রার কারকপগা
লোক্লুং লাইজ তান্থারক্লে
পোম্বী চেক্লা শৈহেক তম্লে
লৈচিল মপৈ জগোই শারে
চীংজাউ পরেং মরাঙ হৌরে ।

তামখ্রে খল্ল অসুম নক্লে
কাউখ্রে নিংল নাক্তা লেপ্লে
ইল্লিবনি মীরেন মানা
পাম্মু শক্তম থাঙমদনা ।
ঙক্ত' ঙমদে লাংওন অসি
থুপফম ফংজৈ উরুম অসি
য়েৎলরেদো উরী ওইনা
থৎপা ঙল্লোই ইখূৎসিনা ।

তাম্না, কৌজেং , হারৌ, হারি
পুক্লিংগী ঈথিল থুগাইহরি,

উনানা পিরাং শিন্থবা
নুংশা শাওনা লোৎখিবা
নখোয় করিগী হৈনিংদে
খল্লুনুকো ঐসি খঙদে
— থম্মোয় ঐগী পোলেপ্তুবা
য়ানিংদেদো নখোয় পূন্বা ।

মোসোফিসু ঐগুম য়াম্না নিংথল্লম্ফম থোকই খল্লুরগা ঐ কৌবা লেপখিদে , অদুবু মহাক কাখৎলক্ত না লৈরি । মমৈথংদদি নোংনা ঐগী মীচংদা লৈবগুম মাবু তানখৎলক্লে । মহাক চুজাক তরুক পুরগা শঙনুংদা চেনশিল্লকই । উকক্লা শাবা ফাল অমমমদা ফমদুনা ঐখোয় অনী মৈ য়াইরম্মী । চুজাক লৌবা হোৎনরিবী মহাক্কী চীনবান মথক-মখা অনীমক অঙ্গংবা কুইনা খাঙবদা মুশুক মুনা উরে, অদুবু ঙাংলবা খজাই অনীবুদি নোং-লৈচিলনা মচু ওলহনবা ঙমদ্রি । মুল্লবা চুজাক অমা মৈনুংদগী লৌথোক্লগা ঐঙোন্দা তঙ্খাই থেক্লগা পীরকই , মহাকসু নুংশানা ফু ফু কামদুনা চাবা হৌখ্রে ।

" ওজা, চামিন্নবসি হাওবনি ।" মোসোফি ঐঙোন্দগী চহী তরা হল্লবগুম ঙাঙলকখি ।

"লৈমিন্নবা নুংঙাইবনি ।" ঐগীদুসু পান্দম য়াওদনা হায়দোকখিবনি।

" কনাগা কনাগা ?" মহাক্কীদু ঙাওশিন্নবা ৱাহংনি ।

" ঐখোয় অনী ।" ঐসু ইকাইবা য়াওরক্রে ।

মোসোফি অঙৌবা য়াতোন উৎনা নোকই । ঐনা মহাক্কী তঙাং তঙাংলবা খজাইদা শিক্লগা করিগী মশম লাম্লুরিবা, মদুগী লমন্দা মখুৎনা ঐগী থবাক্তা নম্লগা ইল্লকপদা ঐ লোংনা তুরে । মহাক হেন্না কন্না নোকখিরম্মী । চুজাক মপূম অমা স্বরনা কামদুনা ঙাইহাক ইকাই খাঙলুরগা ঐঙোন্দা পীরকখি, মদুদা ইথন্তা ইকাইজখিবা করিগীনো,খন্দবা ঙল্লমদে।

" মোসোফি, চানিংবসি খান্বা ঙমদ্রি ।"

" চাহৌরো পেন্না, চুজাক খন্বা মতম য়ৌরকখ্রবনি ।"

মতৎ মতৎ, মপৈ মপৈ পাইরকপা লৈচিলনা শঙ অদু লোৎশিন্নবা হোৎনরক্লে। নুমিদাংগী শক্লোন উৎলৈ। অমুকসু থাদোক্লমদুনা নুংশা মঙাল

উহল্লি। নোংজুগী চাংদি অসুম অসুম কনখৎলক্লি। শঙদগী থোকখিবা মৈখুনা লৈচিল অমদি নোংগা তিন্নরুবগী মনম নুংশিৎনা অমুক পুশিল্লকপা লেপ্লে। ঐ ৱা ঙাঙবা শংদনা চুজাক মপুম অমা চাথোকখ্রে। মোসোফি ৱাখল অমগা লোয়ননা ঐঙোন্দা য়েংদুনা লৈ।

" ওজা নঙগী ইমুংগী মরমদা ঐঙোন্দা করিমত্তা তাক্তবা করিগীনো ?"

" মতম চাদ্রিবগী।"

" ঐদি মতম চারে লৌই, খঙনিংলুবনা। ঙসিদি তল্লো।"

" ঐখোয়গী ইমুংদু মী য়ামদে। ইমা-ইপাগা ইচল অমগা ঐখোয় মরিখক্তা লৈরম্মী।"

" ইচন্দি কয়া চাউবে ?"

" নঙোন্দগী খর হনগনি।"

" লুহোংখ্রব্রা ?"

" অশেংবমক্তি খঙদে, পুক্লিংদদি হোংখিরম্লগদ্রা খল্লি।"

" করিগীনো অশেংবা খঙদ্রিবদি ?"

" ঐ যূম থাদোকপা কুইরে, চহী মঙা হেল্লে।"

" অদুক কুইনা নয়ূমদা চঙখিদ্রিবদি করিগীনো ?"

" মরম থোইনা লৈবা নত্তেদা।"

" লৈরমগনি, নৎত্রবদি নঙদি অঙাওবা তারেদনা।"

" মানি, ঐ অঙাওবনি।"

" হেমাগীদমক ঙাওদ্রবদি, নঙ ঙাওনিঙাই মরম উদে।"

" নঙনা উদবা মরম লৈরি।"

" ঐঙোন্দা লোৎতুনা থম্মিংলিবা ?"

" লোৎপা লৈখিদে, হায়নিংদবদি ফাওই।"

" ৱাহৈদুনা ঐবু নুংঙাইহনগদ্রা ?"

" নঙগী নুংঙাইতবা কোকহনবা ইথৌনি।"

" নঙগী লনাই ৱারেপ্তু হায়রো।"

" চাংয়েং খোঙচৎ অমত্তং পাঙথোক্লিংবনি।"

" করম্বা চাংয়েং।"

" অঙানবা থিবা।"

" য়ূমদগী লোৎলগা ? থাগৎ ব্রাহ্মে খর ফংনবগীদমক, মদুসু শিখ্রবা মতুংদা ।"

" পারাদু নঙোন্দগী ঐনা তম্বা হৌরি, ফাবা ঙম্ব্রা য়েংসি ।"

" অদুদি য়ূমদা চৎপা য়ারব্রা?"

" খল্লিবনি ।"

" করম্বা মতমদা ?"

" ঐখোয় অনীনা লেপ্পবা নুমিৎতা ।"

" ওজা !"

" অশেংবনি মোসোফি ঐখোয় অনীবু অমুক থাদোক্লখিগদ্রনে ?"

" নঙগী অহল-লমনশিংনা য়াদ্রবদি ?"

" মখোয়দগী ঐ লাপ্পা লৈরক্লি ।"

" হৌজিক্তি লোনচৎতুবু ঐ য়াবা ঙম্লরোই। নঙগী হল-লমনশিংনা কয়াগী মতিক ব্রারমগনি হায়বা খক নিংশিংলুদব্রা ? "

" পাউখুমদু মমাঙদা ঙসাইনা পীখ্রে, মৈশা কাউথোক্লবা ঐগী তোঙানবা লম্বী লৈজে ।"

" নঙগী ব্রাসি ঐ ভাব তাবা ঙমদে ।"

" ঐগী পুন্সিগী অনৌবা মঙাল উৎলিবী নঙবু কৈদৌঙৈদসু থাদোক্লরোই হায়বনি ।"

" ওজা !"মোসোফিনা ঐঙোন্দা খঙহৌদনা ইথানুংদা চঙল্লকখি।"

লৈচিল থাবগী চাং হেনগৎলকই । ঐগী অনৌবা সংসার অমা ইশ্বরনা শেম্বীগদৌরে খল্লুরগা ঐ পুক্লিংদা নোক্লম্মী । নোংলক্তুদা থাজদনা নুপী অমগী খোঞ্জেল তায় ।

" হো মোসোফি, মোসোফি ।"

" হো কনানো ?" মোসোফি ঙক্তক লাউখি ।

" ঐনিনে, য়ূম কাখিরোইদ্রো ?"

" কারগনি ।"

" নখোয় কনা কনানো, লাক্লোদনা ।"

মোসোফিনা মপান থোক্লুনা য়েংবদা ঐসু য়াওখি । মৌ নহা মশা ব্রাইশংদবী অমনা নমদা মচা অমা পোরগা চৈসু অমা পায়দুনা অঙম্বা চীংদগী কূমথরক্লি । শৃৎ শৃৎ নাল্লবা অঙম্বা লম্বীদা পাংখোক্লানা মচাবু নোংদগী কন্নবা হোৎনদুনা কূমথরক্লিবী নুপী অদুদা মুন্না য়েংদুনা মশক খঙনবা হোৎনরুবগা মোসোফি ঐঙোন্দা ওনশিল্লকখি ।

" পাওরৈগী ইচে খুথিংলানি, অপিকপা মচাসু য়াওরি ।"

" কৌশিল্লু, মৈনাক্তা ফমহনখিসি ।" ঐনা হায়খি ।

মোসোফিনা কৌবদগী খুথিংলা চঙলকই । মৈনাক্তা মচা থাদুনা মফি-মবোল কংহন্নবা হোৎনৈ। মহাক্কী মচা চুজাক অমা চাদুনা হরাওনা ফম্লম্মী। খুথিংলা ঐঙোন্দা য়েংলগা হায়ফেৎ নোক্লকই, মরোলদি ইচম চম্না উদে।

" নখোয় অনী লৈমিন্নবদা য়াম্না পক্লে ।" খুথিংলা চীরোন য়াওই, " নখোয় অনীগী জোরাদা কল্লক্লোইদবা মী লৈরোই ।"

" ইচে, অমুক্তা ঙাইখোবা।"মোসোফি ইকাইবা খাঙনা নোক্লম্মী।

" লুহোংবগী নুমিৎ লেপ্পল্রব্রা ?" খুথিংলা খঙনিংনা হংবনি । " ঐখোয় খুলগী মীশিংনদি কুইদ্রবনি হায়নৈ।"

মৌদুগী পুক্লিং থৌগৎপা ব্রাঙাঙনা ঐবুসু ফাগিদু যাওশিলহল্লে, " হোয়, ইচেনা হেক লেপ্পীরল্লো।"

মোসোফি মোমোন নোক্লগা লৈথোক্লুনা হায়, " ইচে, চৎনবা তৌরসি ।"

" চৎলসি।" মফি হোংলিবী মোসোফিদা ঐনসু হায়খি ।

মোসোফিনা কোলি হব্রাই খরগা থবী অনীগা হেক্লুনা মহাক্কী সমদা হাপ্লগা খুথিংলাবু মাঙ থাহন্নবা ঙাইরম্মী ।

লাকপা মতমদা লাল্লকখিবা তুরেলগী শক্তম ওনখিরল্লে । লৈঙাং চেনবতা নত্তনা পাকপগী চাংসু হেনগৎলল্লে । অকনবা ঈচেন্দুদা নুপীশিং লানবদা ব্রারগনি । অদুবু খুথিংলা খুল থুনা য়ৌনিংবনা লাল্লসি হায়না তকশিল্লকখি । ঐনা খনবদা তুরেলগী ঈশিং খ্বাং মথক য়ৌনা লুরমগদবা মাল্লি । পুক্লিংনা খনবদু ঐ হায়দোকখি , " নখোয় অমমম মথং মথং

লাম্থোক্কে ।"

নুঙপাক অমদা ফমথখিবী মোসোফিনা হায়রকই , " ইচে খুথিংলাবু হান্না লাম্থোকপীয়ু ।"

তুরেন্দা কূমথবগা ঐনা খুথিংলাবু কৌরম্মী । তপ্পা ইল্লকপী খুথিংলাগী য়েৎকী খূৎ পায়দুনা ঐনা ঈচেল থৎনা লানবা হৌরে। নুঙলক্তা শিৎ শিৎতুনা তপ্পা থাংবা খোঙনি । ঙাইহাক লেপ্পদা ঈচেন্না পুরকপা নুঙজ্রেংনা খূজেং য়ৌনা হেক্তা থূম্লকই । খুথিংলা মথ্বায় ৱানা ঐঙোন্দা তৎতনা য়েংলকখি ; মখোঙ ঈশিংদা লুপ্পবা নমগী মচাদসু লেঙদনবা লাউরম্মী। খোঙফম অনী অহুম্লক্তা মহাক নাম্তুগে তৌই । অদুবু ঈশিংনা ফৈগল য়ৌবা মফম য়ৌরকপদা মা ঐঙোন্দা য়েংলগা নোক্লক্লে ।

খুথিংলাবু কংফান্দা ফমহল্লম্লগা ঐ মোসোফিগী মনাক তম্না অমুক লাকই । ঐনা হাযবা নংদনা মহাক ঈশিংদা কূমথরক্লে । মখূৎ তিংথোক্তুনা ইনাক্তা চঙশিল্লকপা মতমদা ঈশিং খোয মথক যৌরে, হেন্না চাউখৎলকপগী মওং উই। ঐ নীংজিং মাঙজিংনদুনা লেপকক খাম্নবা হোৎনবদা মোসোফি যানিংদবগুম ঈয়াইরোমদা চঙশিনখি । মহাক্কী কিদবা মতৌনা ঐবুসু ঈয়াইরোমদা পুথোক্লে । অকনবা ঈরৈগা লোয়নরকপা ঈশিং থজিন কাখৎলকপগা লোয়ননা চৎপদা মঙম পাঙদ্রে । তুং-মাঙ তোর্বান অনী লাপ্পা মান্নে, চঙশিনবা হনবা মান্নবা চাংনি । ঐ চেকশিন্না চৎলি, মোসোফিবু ইনাক নকশিল্লক্লবা কন্না হোৎনৈ । অকনবা ঈচেল খাঙনা মোসোফিগী সম মঙক্তা য়াল্লি। সমদু লৌথোকখিনবা ঐগী খূৎ ওইনা লামখিবদা মহাক নাম্তুখ্রে । ঐখোয় অনীমক ঈশিং মনুংদা লাকশিল্লে। মখূৎ নাম্থোকখিদনবা ঙমজবা মখৈ হোৎনখিবনি, অদুবু ঐনা ঈমায়দা ফাওগৎলকপা মতমদা মহাক উখিদ্রে । ঐ ফনা কন্না ঈচেল হন্থনা ঈরোইরগা তান্নে, মোসোফি ফাওগৎলকখিদ্রে । মতম অদুদা ইশাসু চুম্না লেপ্পা ঙমদ্রবনি, ঐ ঈরোইদুনা তোর্বান্দা কাখৎলগা তান্নবনা ফরগনি খল্লে। খুথিংলাদি কন্না লাউরম্লি — ' তুরেলদা মী তাখ্রে,' 'ঈশিংদা মি লূপখ্রে।' তৌ পায়দুনা অঙম্বা লৈরাইদা কাখৎলগা ঈচেল ইন্না ঐ কন্না চেল্লম্মী । শীংমুৎ-য়াঙ্গেন মরক্তা লিৎতুনা মাইল অমরোম লাপ্পা চেম্থরুবগী কান্নবা লৈরক্তুবদা ঐ মোসোফিবু হিংনা ফংবগী থাজবা থাদোক্লে , ঈরানফম তম্না অমুক হল্লক্লম্মী । মোসোফি

হিংলমখিগনি হায়বগী আশা মাঙখ্রবদা ঐ খাম্বা ঙমদনা কপ্লম্মী — ‘ মোসোফি ! মোসোফি ! অশিবু মঙলা তাইবংলা ! ঐনা তৌগদবসি করিনো !’

ব্রামনবনা ঐ তোর্বান্দা ঙাইহাক ফমথৈ । অঙকপা তুরেললনি, য়াম্না থুনা ঈশিংগী ময়েং হন্থখ্রে । ঈরোলনুংদা ঈচেল খাঙলুবা শীংমুৎ-শীংনাং থিনগৎলক্লে । ঈশিংনা ফৈগলগী থাক্তা হন্থরকপগা নুমিদাংব্রাই ওইরক্তুনা নুমিৎকী মঙাল উথিদ্রে, খুথিংলাগীসু খোঞ্জেল তাখিদ্রে । ঐনা ফম্লুবা মফমদগী খজিক্তং মথকলোমদা হাইগৎলগা ঈঙাংনা মচু ওল্লবা মোসোফিগী ফনেক তাউদুনা লৈবা উরম্মী । ঐ ইখং খংখ্রবসু মপাদু য়ৌখিবা খঙহৌদে। তাওরিবা ফিগী মখাদা মহাক্কী সম ঈচেল খাঙলি। তুরেল লৈরাইদা হৌরম্বা মশা-মরেং ফনবা তেরা পাম্বী অমা তুশিন্দুনা লৈবা মফম্লি । তেরা মশা অমদা মোসোফিগী ফনেক পল্লম্বনি, ফিনুং ফনেক মচানা মখা মশা অমদা । শেগাইরবা ফুরিৎ খক্তনি মহাক্কী মশাদা পক্লল্লিবা। মঙক্তা সম মরীনা পুল্লবী, লৈখোম-লৈনাংনা ইকাইবা ঙাকথোক্লম্লবীদু মখূৎ অনীনা তেরা উশা অমদা চেৎনা পায়রম্মী। সম্না তাওরম্বা মফমগা মশাগা লাপ্নে, অকুঙবা উশা ময়ামগী মপা থোক্লুবনা লাপ্না তাওথখিদ্রবী মহাক্কী মশা পূম্বা লৈঙোই-লৈখোম্না উনা-উশাগা মচু অমত্তা ওইহনখ্রে। মহাকপু পমখৎলুবদা ঐ হায়ফম খঙদনা নুংবঙনৈ। তৌগদবা থবক নিংশিংলকপগুম ফনেক মরোল অনী শেৎচিনবীরগা লৈখোম-লৈনাং শেংনা চামথোকপীদুনা ব্রা ঙাঙখিদ্রবীদুবু ঈরানফম অকোকপা মফমদা পুখৎলে । শেগাইরবা ফুরিৎনা কুপ্পা থুংদ্রবা,উশানা থিনখিবা হকচাংগী মফমশিংদগী লেপ্তুনা ঈ চেন্থরি, মদু চামথোকপা ঙম্নবা ঐগী পি হৈথখি । ঐগী ফুরিৎ লৌথোক্তুনা মঙোন্দা লিৎশিনবীরগা কনাগীসু মতেং ফংদ্রবা মফমদুদা ঐনা মহাক্কী মকোক তম্পাক্তা পমদুনা করি খনখিবগে হায়বা নিংশিংবা ঙমদ্রে ।

নুমিৎ মঙাল মাঙখ্রে, য়াচংলে। তুমিৎ-য়ুরান্না ইশা পূম্বা য়োম্লরে। লম মকূনা চীংনুং নিন্না খোংবা হৌরে। মমশিল্লকপগা ঈরোয়ননা শন্দোরকপা লৈচিলগী মতুং ইল্লকখিবা নোং অমুক হৈথরকই । ঐ কপ্পা লেপ্পা ঙমদ্রবনি ।

অৱাংবা চীংদোন্দা মীয়াম লাউনবগী খোঞ্জেল তায়, মৈরা মঙালসু উবা ফংলে। ঐগী খাঙফম খঙদবা হেনগৎলক্লি। চীন্দগী তোয়না তোয়না থোক্লি, " নথন্তা চৎখ্রিবা করিগীনো ! অদুরা ঐবু নুংশি হায়বা ! ঐবু হুন্দোক্লন্নিবা করিগীনো !"

মৈরা মঙাল খর খর নকশিল্লকপগা অহল ওইরবী নুপী অমগী খোঞ্জেল তায়, মোসোফিগী মমানি লাউরিবদু, " ইমাগী মোসোফি ! নঙ হৌজিক ফাওবা লৌ কারক্ত্রিবা করিগীনো ? ইমানা নঙবু ওকপা লাক্লে!"

মী খরনা লাউনবকই, " মমা হনুবীদু শম্বীয়ু, হায়রিবৈঁদা ওন্থরে ! ওন্থরে ! অমুক্তা পোখৎপীয়ু।"

মীয়ামগী মৈরা পবেং চীংজাউ তঙ্খাইদগী লেংলকপনা চীংখোঙ য়ৌরক্কদৌরে। খ্বাইদগী ইহান হান্না অমম্বদুদা য়ৌরকখিবা মখূৎতা তা পায়বা নুপা অমনা হৌনা কৌরকই, " মোসোফি ! মোসোফি ! ইবুংগী মোসোফি!"

খোঞ্জেল অদু খঙবদগী ঐনা হায়, " রিংফামী, ঐখোয় অসিদা লৈ।"

চেনশিল্লকপা রিংফামী ঐগী নাক্তা মখূৎকী তা য়ুংলগা ফমথরকই, " ওজা, নঙগী মোসোফি করি তৌরে? ও ! ইবুংগী মোসোফি ! নঙ ঐখোয়বু থাদোক্তুনা চৎখ্রবা? ওজা নঙনা মোসোফিবু নুংশি হায়নবদাইনে? নখূৎতগী মাগী থৱায়বু কনানা মুলহনখ্রিবা? নঙ করি তৌদুনা লৈহৌই, নঙনা মোসোফি থাদোকখ্রিবা করিগীনো? মানা নঙবু অদুক য়াম্না নুংশিরগা নঙনদি করিসু খনবীদব্রা? কনানো , কনানো, ইচলগী থৱায় পুখ্রিবা !"

রিংফামী মচলগী মকোক্তা নাল্ল নাল্লগা অহৌবা খোঞ্জেন্দা কপ্লম্মী। খুলগী মীয়াম কোয়শিল্লরে, মখোয় অয়াম্বনা থবাক য়ৈনৈ, হৌনা হৌনা কপ্লে। মরক্তুদা মোসোফিগী মমা লিৎশিল্লকখি, নুংশা থবেৎ থবেৎ হোন্দুনা মচাগী মশা নোম্লম্মী।

" মোসোফি নঙ কৈদৌরবগে !"

" ইমা, মোসোফি চৎখ্রে,ঐখোয়বু থাদোক্লম্লে।" ঐ কপ্তুনা লাউখি।

" য়ারোই, য়ারোই, নঙ চৎখিবা য়ারোই।" খ্বাং কোল্লবী অহন্দু

মচা কোল্লগা ব্রান্থখি ।

ময়াম্না মোসোফিগী মমা কোনখৎতুনা নাকন্দা লায়কন্নে । তপ্না জ্ঞান লাকপগা মহাক কন্না লাউরকখি, " ওজা, মোসোফিবু মথন্তা থাদোকখিবা করিগীনো । নঙ মীনুংশি লৈতে । ও ! ঐগী ইচাদু নৌরিবীনি, মথন্তা চৎপা কিরমগনি ।"

রিংফামীনা ঐবু চিংখৎলবদা অমম্বা অহিংগী লেপ্তুনা চুরিবা নোংলক্তা, অঙম্বা চীংগী অনানবা লম্বীদা ঐ অঙাওবগী পাংখক্তা মীয়ামগী তুং ইল্লকখি ।

নোংঙানবগী নুংথিন্দা মোসোফিগী হকচাং লৈরোল চনখ্রে ।

নোংমগী মথংদা নোংমা হৌখি, মোসোফিগী মশক অমুক উখিদ্রে । নুমিদাংব্রাইরম খুদিং সম পুদুনা লৌদগী কারকপী লৈশাবীশিংগী মরক্তা মহাকসু য়াওরমগনি খন্দুনা লৈরে, ঐ স্কুল লম্পাক্কী মচিদা লেপ্তুনা য়েংবা তোকখিদে । করিগুম্বদসু ঐ মোসোফি তুংদা লাকহৌব্রা হংনিংবনা চঙশিল্লুই । চাকশঙদা ফম্বা মতমদসু এঞ্জাং পীবা লাক্কদ্রা খন্দুনা মপান্দা তোয়না য়েংলম্মী ।

নোংমাইজিং নুমিৎ অমদা ঐ চর্চ কাবা য়াওরুই । মোসোফিনা ফম্বা কোয়র সিতকী ময়াইদু ইহাঙ হাঙনা উই । ঐ মায়কৈ অদোমদা অমুক হন্না য়েংবা ঙমখিদে, মরমদি লৈশাবী পূম্নমক ঐঙোন্দা য়েংলগা মপি শিন্থরম্মী ।

স্কুলদা অঙাংশিং লাইরিক তম্বীবা মতমদা অকাউবা অমনা ফাথ্রবগুম ঐ চপ চপ লেপখি । কুমহৈদা হরাওবা, নোক্লিংবা ফাওদ্রে। মোসোফি লৈত্রবা খুন্দু ইচিক চিকপগুম তৌই, ঐ পোত্থাফম লৈতে। অসুম ব্রাখল তৌবদা ঐ খুল অদু থাদোক্কুনা চৎখিবনা ফরগনি খল্লে । খুলগী অহলশিংদা ঐগী ব্রাফমসি ফোংদোক্লুবদা মখোয় অহানবদা য়ানিংখিদে, অদুবু ঐনা য়ূমদা হল্লগদৌবা লৈরবদি অথিংবা পীদবনা ফৈ খন্নখ্রে।

ঐনা খুল থাদোক্লম্বা নুমিৎতু লৈশাবী পাখংশিংনা য়াম্না থাপ্না ঐবু থিন্দোরকখি । কায়নবগী মিকুপ্তুদা ঐ মখোয়গা খূৎ শোক্লে,কপমিন্নে। খর হন্দোক্লগা লেপ্লম্বা রিংফামী চেনশিল্লক্কুনা ঐবু কোল্লগা কুইনা কপখি। –

তেশিন থাঙ্গোল থল্লগা কোকশেৎ ফিজিনা মপি তৈথোক্লম্মী।

# ২২

মথং নুমিদাং লৌ খাওফমদা, মখূৎ শোক্তুনা থবক শূবা ঙমদ্রবসু, শঙবগী মথৌ পাঙথোক্লিবা থোইবানা তেশিলগী অপাম্বা য়েংদুনা ব্বারী মখা চত্থরম্মী।

— হুইনিংগী অহল-লমন, মরুপ-মপাংশিংদদি ঐ যূমদা হনগনি হায়রম্লবসু পুক্লিংনদি লেপখিদ্রিবনি ; লম্বী চৎনা চৎনা ব্বাখন্দা মুল্লকখি। ঐ লোন্না যূম থাদোক্তুনা লাকখিবনি,মসি তোইনা নিংশিংফম থোকই। মমা-মপাবু লৈতাহন্দবা মচানি ঙাঙনখিনি হায়বগী চিংনবা লৈখিদ্রিবা করিগীনো ? মমাঙ আসামগী লমদা লৈরুবদা ইমুংগী মীশিংবু ঐনা কয়াগী মতিক ব্বাহনখ্রে । চন্নফম-কান্নফম খঙদনা যূম হঞ্জিনখিবদা ঐবু অঙাওবা, মমা-মপা নুংশিবা খঙদবা, মীথীবোং ওইনা শীংথাদনিঙাই লৈত্রবনি । ঐনা চৎলুবা, তৌরুবা থবক্কী মরম তাকফম লৈতে । মসিগী মথক্তা ঐ করি তৌগে খন্দুনা যূমদগী থোরকখ্রিবনো ? ঐনা পাঙথোকপা থবকশিংদা ইমা-ইপাগীসু শরুক য়াওদব্রা? ইথৌ পাঙথোকপা ঙমদ্রবা মায়থীরবা মীশক অমগুম ঐ যূমদা হঞ্জিনখিগদ্রা? মদুনা ঐবু কয়া কুইনা পেলহনগনি? মীওইবসি ইমুং অমা শঙনিঙাইদমক পোকপ্রা ? যূমদা ওইরবসু মফম অমদা ওইরবসু মীয়ামগীদমক অফবা থবক খর তৌবগী মহে মান্নফম থোক্তব্রা?

ব্বাখল তৌনা তৌনা তপ্না থাংলকখিবা খোঙনা ঐবু উখুল য়ৌনা পুরক্লে।

উখ্খুল য়ৌরকপদা ঐ অরাম-খৌরাংবা করিমত্তা ফাওদে, চোকথবতা নত্তনা ইশা য়াম্না নিংথম চল্লম্মী। খুল অনী ইমু-নাইমু তান্নদনবা কন্না হোৎনখিবা পুকচেল চাউরবা উখ্খুলগী পান্তরবু খংনিং নিংশিংলকই। মহাক্কী যূম থিবদা ব্রানা থোকখিদে। ঐবু উবদা মীনুংশি চাউবা অহলদুনা তরাম তরাম কৌশিনবীখি। ঐ পাস্তরগী যূমদা অহিং অমা লেক্লে। নোংঙানবা অয়ুক্তু ঐগী ফিভম ফগত্তে, লাইহৌ কনখৎলকপগী অব্রাবা ফাওই। পাস্তর ঐগী নাক্তা ফমদুনা ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌরম্বদগী হায়রকখি, " ওজা, নঙ চৎপদি ঙমগদ্রা ?"

" কদাইদা ! কয়া লাপ্লা ?" ঐ লেঙনিংদ্রবা মতম্নি।

" থাপ্তে, ডাক্তরগীদনি।"

" ঐবু য়েংহন্নব্রা ?"

" হোয়, অমুক্তং য়েংহল্লগা হীদাক চাসি। ঐখোয়গী ডাক্তরসি য়াম্না হৈ, মপুক-মপাউসু ওন্থোক্লা ফখ্রবা।"

" য়েংঙুদ্রবসু অদুম ফজখিনিদা।" ঐ অহল অদুবু ব্রাহন্নিংদে।

" য়াদে ওজা, থুনা ফনবা হীদাক চাসি।"

পাস্তরনা ঐবু ডাক্তরগী যূমদা পুরম্মী। মহাক্লা শুমাঙদগী কৌবদা ডাক্তর মপান থোরকই। ঐখোয় মাঙ্গোল কাখৎতুনা ফানশাং অমদা ফম্লুরে। নিংথম্মনবদগী ঐ অথাবা ঙৌবোংনা কোক খুম্লগা লুকথরম্মী।

" ইয়াম্বা পাস্তর, কনা ঙমদবা য়াওরবগে ?"

" ডাক্তর সাহেব, ঐগী ইনাওসি হকচাং ঙমদ্রে, অমুক্তং য়েংবীয়ু।"

" করি নুংঙাইতবনো ?" ডাক্তরনা ঐঙোন্দা ওনশিল্লকখি।

" কোক চিকই, নিংথম চল্লি।" ঐ তাম্বুলগুম ঙাঙখি।

" কয়া কুইরে ?"

" ঙরাং নুংথিন্দগী হৌরকপনি।"

ডাক্তর ষ্টেতেস্কোপ পায়দুনা ঐগী থবাক অমসুং নঙ্গন্দা নমদুনা য়েংঙি, মিহুল, মিৎ অমসুং লৈ য়েংঙি। যন্ত্র থম্লগা কলম পায়খৎতুনা ইমুংলোমদা ওনশিনখি।

" তারিব্রা ? ঐগী বেগ অমুক্তা পুরকউ।"

ফাল মচিদা বেগ থল্লম্বী নুপীনা থোঙজিন কানশিনখিবগা পাস্তরনা হংখি, " ইবেম্মা, ঐখোয়গী উখুলসি নুঙাইতব্রনে ?"

" এঃ করিগী নুংঙাইতনি, ইপা-ইবুং ময়াম্মা ঐখোয়বু অসুক য়াম্না লুনা তৌবীরিবসিনি ।" নুপীনা ইমুংদগী খুল্লকপনি ।

খোঞ্জেন্দু ঐ মমাঙদা তাখ্রবগুম তৌই, মশক্তি উহৌদ্রে ।

" মিং করি কৌবগে?" ডাক্তরনা ইগদবগী ঐঙোন্দা য়েংলকই।

" য়ারনাও ।"

" চহীদি ?"

" কুন্তরুক ।"

" লৈফমগা হাযবীয়ু ।"

" হুইনিং ।"

" কৈসু তৌরোই, ব্রাখল পুক্লিং ব্রামনবদগী থোকপনি, য়াম্না কপখ্রমাল্লে । হীদাক চারগা অদুম ফজরগনি ।"

থৌজান হৈবা ডাক্তরদুদা ঐ থৌনা লৈনা য়েংখিদে, অদুবু মহাক্কী শকফম্না ঐঙোন্দা চাউথোকচবদি পোকহল্লি । ডাক্তরনা গুলি তরা চেদা য়োম্লগা শিন্নরকখি, " অয়ুক্তা অমা নুমিদাংদা অমা চাগদবনি ।"

ঐখোয় চৎনবা হৌগৎলক্লে । শুমাঙ মতোন য়ৌবদা ডাক্তরনা নিংশিংলকখি, " করিগুম্বা নুংঙাইতবা লৈরবদি হেক্তা লাকপীয়ু ।"

' হোয়' হায়গে খন্দুনা লৈশিল্লুবদা ঐ ইখং খংঙি । ডাক্তরগী নুপীদু উরুবদনি । —

তেশিল মখুৎতা ফৌ খুদাপ অমা পায়দুনা চপ লেপ্লম্মী, থাবন্দা য়াতোন উৎনা নোকপা উই, " কনানো নুপীদো ?"

থোইবা শোন্থাংননা হায়, " খঙদেদা ।"

" হেমাবা ?"

" ঐনা মহাক্কী মিং পন্নিংদবগী মরম হৌজিক্তি নঙ খঙলে ।"

তেশিল ঙাইহাক ব্রাখল তৌরগা হায়রকই, " ঐ নমথা পামদে. মহাক্কী মরমদা খঙনিংবা কয়া লৈরবসু খোঙফম হন্দোক্লগে । অদুবু ব্রাফম অমদি শেংনা তাকপীয়ু ?"

" করিনো ?"

" মরম করিগীদমক ওজানা য়ূম থাদোক্তুনা লাকখ্রিবনো,অদুগা ঙসি ফাওবা মীরোৎকুম লৈবীরিবনা করিগী ।"

" মদুনি ঐনসু নঙোন্দা তম্নিংলম্লিবা। নঙগুম্বী লৌশিং চাওবী নুপীমচানা ঐঙোন্দা ফাওখিবা ৱাখল,তৌখিবা থবকশিং নৈনফম থোকই ।"

তেশিল থাঙ্গোলনা ফৌ লেনবা হৌখিবগা থোইবানা ৱারী চৎথৈ।

— ধর্মগী পাউজেল শন্দোকপীনবা অমদি লাইমিং লৌবগী থবক পাঙথোকপীনবা উখ্রুল পাস্তরবু কৌবা লাকখিবা ইপা কোনাইগা ঐগা তাঞ্জা থোক্তুনা থেংনৈ, ঐখোয় পাস্তরগী য়ূমদা অহিং অমা লেকমিন্নবনি। লমদম অসিগী অঙাংশিংনা লাইরিক তম্ফম লৈতবদগী ৱানরিবা ফিভম ইপানা ঐঙোন্দা তম্লম্মী। ঐ খঙহৌদনা ইপা কোনাইগী তুং ইন্নবা ৱারেপ লৌখি। তেশিল, মসিনা মতৌ করম্না ঐনা খুলসিদা লাকখি হায়বগী মতাংনি। হৌজিক্তি, য়ূম থাদোকখিবগী ৱারীদু তারক্কে । ইমুংগী লৈত-লাইর মতেং পাংনবা ঐ মায়কৈ খুদিংদা চৎতুনা শূফম নোম্ফম কন্না থিরম্মী । মরক্তুদা ওজা ওইবগী ৱাফম অমা যানদুনা ঐ শুগ্নুদা লৈরুরে । নোংমা স্কুল লোইবগা ঐগী লৈফমদা হল্লকপদা সড়ক মপান নক্লা লম্পাক অমদা মীয়াম পৈরম্বা থেংনখি । ইলেক্সনগা মরী লৈননা পাঙথোকপা মিতিং ওইরম্লে । নুপা অমনা ঙাঙবা হৌরকপা মতম্মক থোক্তুনা ঐ ঙাইহাক লেপ্লগা তারম্মী ।

" ইকাই খুম্নজরবা সভাপতি, অহল-লমন, ইপা-ইপল, ইমা-ইবেন, ইচিন-ইনাও পূম্নমকপু খুরুমজরি ।

ঐগী মাঙদা মীখল অসি করিগীদমক পাঙথোক্কদৌরিবনো অমদি কনাবু খনফম থোকই হায়বগী মরমদা ৱাঙাঙলোয়শিংনা মীয়ামদা থম্বীখ্রে । মসিগী মখাদা ঐহাক পুন্সিগা লৈঙাক্লোনগা লৈনরিবা মরীগী মতাংদা খজিক্তুং হঙ্গৎচগে।

জীবশিংগী লৈফম ওইনবা শেমখ্রবা মালেম অসিদা তাইবং মীসু হিংনবা পোক্লকই। পোক্লকখিবা থৱায় পানবা খুদিংমক অমুক মাঙখিগদবা লৈরবনি খঙলবা মীওইবনা লোম্বা নাইদনা হিংদুনা লৈনিংঙি,অশিবদগী নাম্থোক্লিংঙি । তাইবং পুন্সিবু পাম্মুদবা কনা লৈ ? সাধারন ওইবা মীওইবা

ঐখোয়না নুংঙাইনা হিংবা হায়বা ব্রাফমসিদা পুন্সিগী মমল লেপ্পবগী চৎনবী লৈ। চুপ্পা য়েংলবদা পুন্সিগী পান্দমসি নুংঙাইনা হিংবা অমদি অফবা মিংচৎ ফংবদা ওইরি। সাধু-সন্ত অমদি মহাপুরুস খর নত্তনা মীওইবা পূম্বনা ঐগী হায়বা ব্রাফমদা কান্নবা অমসুং ওইজবা য়েংবগী লম্বী থিদুনা মশা মশাগী পান্দম ফংনবা চঙশিন্নে। মীহৌরোন্দগী হৌনা ঙসি ফাওবদা হিংবগী ফিভম অসি মফম, মতম অমদি লম-লমগী লৈঙাক্লোন পথাপকী মতুংইন্না খেন্নদুনা লাকই। হায়বদি, হিংবগী ফিভমগা লৈঙাক্লোনগা য়াম্না নক্লবা মরী লৈনৈ। পৃথিবীগী অওনবা হায়নরিবশিংসিগী মনুংদা মীওইবনা মপৃং ওইনা থেংনবিবসি লৈঙাক্লোনগী অহোংবনি। মসিগী অওনবা, অহোংবা লাকপদা লমদম লমদমদুগী পুন্সিগী অহোংবা ফিভম থোকই।

হৌজিক্তি ঐখোয়গী লৈবাক অসিগী সবকার প্রজানা শেমজরবনি; মসি শেম্বদা লৌমী-শিন্মী লাইরবশিংগী থৌদাং শরুক চাউনা যারি। প্রজানা লিংজবা সরকারসিগী মখাদা ব্রাৎতবশিংগীদমক্তদি নুংঙাইবগী চাং অয়ৌবা থাক্তা হাইগৎলকপগী মতিক অব্রাৎপনা থল্লবা মশীং য়াল্লবা কাঙবুনা অব্রাবগী অরোইবা থাক্তা কৃমথখ্রে। অসুম্না লৈবাক অমগী খুন্নাইদা অব্রাবা অমসুং নুংঙাইবা কৌবা কাঙলুপ অনী খাইবোক হিংনরিবা করিগীনো? মসি কবিদগী থোক্লিবনো হায়বদুনি ঐনা খন্নবা পামজরিবা, ঐখোযগী দলনা লাউজরিবা। মসিগী মরম লৈবাক মীয়াম্না উনরে মদুদি লৈঙাক থৌবুবেনশিংগী থৌরাঙদা মশাগী য়েংঙি অমসুং মখোয়গী থস্মোয় মকই।

লৈবাক অসিনা মীখা পোল্লিনৈদগী হৌজিক ফাওবসি প্রজা অয়াম্বনা মীগী থোঙজিন্দা লেপ্তুনা লাক্লি। মদুগী মরম মীশীং য়াম্বা, পোৎথোক ব্রাৎপা অমদি শীংনরকপা কয়াগী অব্রাৎপা মেনশিন্নবা হোৎনবদগীনি হায়বা ব্রাফমদা তাইশিন্নদুনা লৈরে। অদুবু মীয়াম্না হংনিংলিবদি খুদোংচাবা ফংখ্রবা কাংলুপশিংদি করম্বা পুন্সিদা হিংলি হায়বসিনি; মখোয় পৃথিবীগী খ্বাইদগী ইনাক খুনবশিংগী থাক্তগী তাদে। লৈবাক অসি শেমনৈদা মাগী প্রজা খুদিংমক অব্রা-অনা, নুংঙাই-য়াইফ পূম্মমক্তা মান্নবা শরুক, থৌদাং য়ামিন্নগনি হায়না ব্রাশক্লখ্রগা চাকথুং-ফিথুংদবগী অব্রাবা পোৎলূম অমা কাঙলূপ অমগী মথক্তা নন্দুনা থল্লিবসি করি মরমগীনো? ব্রাহংসিগী

পাউখুম কনানা পীফম থোকই, অদুগা পাউখুম অসি পীহন্নবা হোৎনদনা অৱাববু ইশরুক্নি খন্না লৌমী-শিন্মী ঐখোয়না তুমিন্না লৈথোকপা চুন্নিব্রা?

নুংঙাই-য়াইফবা খুন্নাই কদাইবু কৌই হায়বসি নৈনবা তারবদি অকি-অখং, অনা-অয়েক অমদি লাইরবগী লাইমন লৈত্রবা অদুবুনি হায়গনি। লাইরবা লৈতবা, ইনাক খুনবা ঙাক্তগী লৈবাক অমা থিবদা ৱাগনি হায়বসিদি চুম্লবনি। অদুবু ঐখোয়গী লৈবাক্কী লাইরবশিংগা মীরৈবাক্কী লৈতবশিংগা চাংদম্নবদা য়াম্না খেন্নে। ঐখোয়গীদি লৈঙাকপশিংগী মীচং-মীখাই নাইবা মিৎয়েংনা নম্ফুদা হেন্না হেন্না লাইবহনবনি। অহৌবদগী হৌনা ইনাক খুনবা কাঙবুনা সরকার পায়খ্রবনিনা মখোয়গী ফিভম ফগৎনবা লম্বীদা মায় ওনশিনখ্রে । মখোয়গী খূৎতা প্রজাগী লল পূম্নমক পৈশিন্নবা থৌশীন্দা অমদি ৱাখন্দা লূপখিবনা অতোপ্পগী অৱাবা উদ্রে । মখোয়বু কনানা থিংলি, য়েংশিনবা করি লৈ? মসিগী ফলদি লাইববা লৌমীশিংনা হেন্না হেন্না ৱাবা।

লৈবাক অসিগী লাইরবশিংগী মওংসি অমুক্তং খঙদোকসি। অহানবদা, শূফম নোমফম লৈতবদগী লাইরবা । অনীশুবদা, থবক কন্না শূরবসু খূৎশূমন্না ঙাচেৎ-থুমচেৎ কোন্নবা ঙমদবদগী নংথবকপা। অহুমশুবদা, নমথবীবদগী হাইগৎলকপা ঙমদবা। মশিং য়াম্লবা লাইরবশিংগী মথক্তা ৱাৎত-পাদবা খুদোংচাখ্রবশিংনা তৌনিংবা মখলগী সাসন তৌদুনা মখোয় ৱাংখৎনবা হোৎনবা লেপ্তে ; মখোয়গী অহেনবা নুংঙাইবা ফংনবা তানশিনবদা খূৎচাউ থানরি । অনা-শিকি তান্দুনা হিংনবা হোৎনরিবা প্রজাশিংগী ফংফম থোকপা পূম্নমক নোংমদা লাক্ষ তানবশিংগী মখূৎতা মতখ্রে । অসিনি লৈবাক অসিগী সাসনগী মওং, চৎনবীসিনি দেশসিনা নিংখা তম্লকপদা লোয়নরক্লিবা । লাইর-ইনাকখুনবা খোংমায় তেস্বগী ৱাশক থাপ্না হুন্দোকখ্রে । হৌজিক লৌমী-শিন্মীশিংগী য়াইফনবা করি থৌরাঙ উরি ? ঙসিগী সাসন মওংসি লৈবাকসিদা মপান-মরা তানা লৈহন্নবা খুদোং চাখ্রবশিংনা লৌমী-শিন্মীশিংবু মন্ত্রনা শুমদুনা থম্লি।

ঐখোয় মুন্না খন্নসি । নোংঙানবদগী নুমিৎ তাবা ফাওবা অমোৎ-অকায় মরক্তা হুমাং তানা পূম থিৎনা শূরি-নোম্লিবা ঐখোয়না করি চায়, করি শেৎলি ? ফিথুংদবা ময়ামসি চরাসু হেল্লিবনি । মী তরা লৈবা ইমুংগী

অয়ুক-নুমিদাং চাকলেন অনী লূপা অমনা কোন্নবা অফং-অফংবা চাদুনা লেন্নরিবা মখোয়না হকচাংগী মচি ওইবা চিঞ্জাক্কী মরমদা করি খন্থরুগনি। নিংথমথাগী অহিংদা নিক্লা খাঙনবা, ওলাংথাদা কাঙখল লৈতবনা কাঙগী মচিঞ্জাক ওইহনবা, নোংজু থাদা অচোৎপা ফি শেৎতুনা তূম্বা, ডাক্তরগা য়ূমলোন্নদুনসু অমদি হীদাক য়োনবা দুকান্না খূরক হাঙদনা লৈদুনসু নারবা মতমদা অশিবনা লায়েংবা কাঙলূপ অসিগীদমক হরাও-কুমহৈ কদাইদনো ? মখোয়না মচা-মশূশিংগী মহৈ-মশিং তম্নবা করি থৌরাঙ তৌবা ঙমগনি ? লৌমী ঐখোয়সি তশেংনা হিংনা হিংনা শিরবগুম্বনি । ঐখোয়গী পুন্সি ইনাক খুনবা ইমুংদা লৈবা হূই-হৌদোংগী মমলনা হেন্না য়াম্লে । মবমদি, ইনাক খুনবগী হূই অমদা নোংমদা লূপা অনী খবচ তৌবা য়াওবি। ঐখোয় মী তরা লৈবা ইমুংনা লূপা অমনা নোংমা লেন্নবা হোৎনৈ। অদুনদি হূই অমগী মমলনা লাইরবা ইমুং অনীদগী হেন্না যামদ্রিব্রা'? অসুম্ন া প্রজা কাঙলূপ অমনা অতোপ্পা কাঙলূপ অমবু মরোল থোকপা শাগুম নত্রগা মমল হোংনা ফংবা মীনাইগুম লৌববদি লৈবাক অসিগী অমত্তা ওইবগী লীপূন কোমথোবকফম থোক্তব্রা ? অমগা অমগগী মরক্তা নুংশিনবা লৈখিগদ্রা? শান্তি কুইনা ঙাক্কুনা থম্বা ঙস্কম থোকপ্রা'' ওলাংবা অসুম অসুম হেল্লক্কদবনি, মবমদি নিংখা-তম্বগী অর্থ উশিল্লক্ত্রবা কাঙবুনা তুমিন লৈফম থোক্তে ; তৌনিংবতা তৌবগে খনবা মতম অমা শোয়দনা লাক্কনি । মরোল থোকপা শাগুম খল্লুবনা নোংমা মখোযনা অৱাবা খঙবীদবা কাঙবুবু তান তান্দুনা চিক্লকখিগনি । মতম অদুদা ঈংনা পানগদবসি কনানো ?

সরকার অসিগী সাসন মখাদা লৌমী-শিন্মীশিংগী য়াইফবা নুমিৎ অমুক লাকখিগনি হাযবা থাজবা ঙম্লক্ত্রে, লাক্লরোই । চন্দ্র কৌবা লৌমী অমগী পুন্সি খন্নদুনা য়েংসি । মহাক চহী কুন্থ্রা চুপ্পা নোংজু-নুংশা, উলেন-উনখা, লৈখোম-লৈনাংগা নোংঙানবদগী নুমিৎ তাবা ফাওবা য়াওন্নদুনা লাকখ্রবনি । মহাক চরা তঙ্খাই চায়, ফি তঙ্খাই শেৎলি, নুমিদাংসু তঙ্খাইতনি তূপ্লিবা । অদুবু মহাক নিংথিবা য়ূম অমা শাজবা ঙম্লিব্রা? মচাশিংবু করি মহৈ-মশিং তমহনবা ঙম্লি ? মখোয়গী তুংগী যাইফনবা করি থৌরাঙ লৈরি ?

তোম্বা কৌবা লাইরবা ছাত্র অমগী মরমদা অমুক য়েংসি। অৱাৎপনা মহৈরোইশিংগী হৈনিংবা মাঙহল্লি । মহৈ তম্বগী অফবা অমসুং কান্নবা খঙজরবসু লাইরবা ইমুংগী অঙাংশিংনা তম্মিং তম্মিং তোকপা তারকই। বুদ্ধিদা তোম্বা ময়ামদগী তাবা নত্তে, অদুবু মহাক লৈতবগী চৈথেংদা লাইরিক তম্বা তোকখ্রে । ইনাক খুনবা মচাশিংনা তৌথোরক পা থবক,উৎথোরকপা হৈশিংবা খবরদা পারগা নুংঙাইজবা নত্তনা মহাক মশাগীদি করি পাঙথোকপা ঙল্লি? মসিনি সরকার অসিনা মতম কুইনা থম্লক্লিবা লাইরবা ছাত্রশিংগীদমক মীনুংশি।

ঐখোয়না তোয়না ঙাঙনৈ,সমাজদা নুপীশিংগী থাক অমসু থৌদাং। নেপোলিয়ন্না পনখিবা 'ইমা' হায়বদু লাইরবা ইমুংগী নুপীশিংবুদি য়াওদব্রা ? পন্থোকপদা থম্মোয় শোকপনি ; হিংনবা হোৎনবদা ঐখোয়গী ইচে-ইচন কয়া কয়ানা করি লম্বীদা চৎলি খল্লুদ্রে। মখোয় ইকায়-খুম্নবা হায়বা ৱাফমদু নিংশিংবা ঙল্লিব্রা? পুন্সিদা তৈশ্রবা অমুবা কালি কনানা তৈথোকপিগদৌরি?

লাইরিক হৈবা মনিগী ৱাফম অমুক পুখৎসি। মনি সমাজগী কান্নবা মীশক অমা ওইনিংবনা অঙাং ওইরিঙৈদগী তূম্বা মচেৎ চাবা মচেত্তো লাইরিক তম্লকপনি, অৱাংবা আশাদা অৱাবা কিদনা হোৎনজৈ। চহী কুন হোৎনজরকপগী মহৈনা লাইরিক হৈবা মীশক ওইরকই । অহল-লমনগী লৈজরম্বা লল-থুম পূম্নমক মহাক্কী লাইরিক তম্বদা লোইশিনখ্রবনি, মখোয়গী আশা হৌজিক্তি মনিদা তোংলি। অদুবু, মনি থবক ফংদ্রে, শূরুফম নোম্লুফমসু লৈতে । অহল ওইরবা মমা-মপা,পিল্লিবা মচিন-মনাওশিং অমদি মহাক্কী নুপীনা থবক পুদুনা লাকপা নুমিৎ খুনীং কাঙনা য়েংলি। মহাক্না তাবা অহাংবা ফম কয়াগী ইন্টরবিয়ু য়াওরুরে,খল্লকখিদ্রে । অসুম অসুম আশা মাঙশিল্লকপগা লোয়ননা ইমুংগী মী পূম্নমক মাহিং কানরে। চরা হেনবা তোয়শিল্লক্লে । হরাও-তয়াম্বা, শান্তি অমসুং নুংশিনবা মনিগী য়ূমদগী চেন্থোকখ্রবগুম তৌই। ওলাং-ওনশাওনবা অমদি অরাম খৌরাংবনা মহাক্কী ইমুংদা পাল্লরে । লৌ উসি লৌ লৈতে, ললোন-ইতিক কারবার অমা পায়খৎসি শেল লৈতে, মনীং-মমাঙ থিংলে । নিরুদ্রবদি চাবা ফংলরোইদ্রা খল্লক্লবদা মীরক তিনবা ইকাইরে। স্বর্গদগীসু থাদরক্লোই,

চাদবদি য়ারোই ; লুট তৌরুবা তারব্রা? মহাক্কী য়ুনিবর্সিতি সার্তিফিকেতশিংনা মশাবু অসুক তোম্থনা নোংমগী চরা থিবা, তুশোন মশোন্নরবা, মীনাইগী থাক্তা চিংথরবদা মহাক্না কনাবুদি ব্যবহার উৎনিংখিগনি। ঙসি ফংদ্রবা চানবা হয়েংদি কদাইদগী ফংগনি? মনি কয়া কুইনা চরা হেনবা ঙম্বা মীনো? মহৈ-মশিংগী থাক্তা মঙোন্দগী শোৎথহৌরবা মীওই কয়াবু 'বাবু' নৎত্রগা 'সাহেব' মিংগৌ পীদুনা সমাজদা ইকাই খুম্নখ্রে । মখোয় হিংবগী মরেক-মহাও য়াওনা পান্নরি। মখোয়গী নুংঙাই-য়াইফবগী মশেক মঙালনা য়োমখ্রবা মিৎনা মনিগী হোৎনজমন উদে । নুংঙাইবা হায়বসি লাইবক্কী মখা পোনবনি, মনিগুম্বা কয়ানা কপ্তুনা খাঙবদা ঙকফম লৈতে হায় । মখোয়গী উশিৎতবগী মিৎয়েংদগী থোরকপা চৈনাদগী হেন্না কনবা করম্বা অমা মনিনা খাঙখিগদৌরি ? মরুপ্পা থাপ্পনিংলবা চন্নফম খঙদ্রবা মীশক ওইরক্লবা মনিবু ইজ্জৎনা খোঙগাওনবীবে । মখোয়গুম্বা কয়াবু কনবীবা ঙমদ্রবা সরকার অসি মনিনা ইকাই খুম্নখিগদ্রা ?

ঐখোয়গী খুন্নাই অসিদা চন্দ্রগুম্বা লৌমী কয়া চরা হেল্লি, মখূৎনা থাজবা মহৈ-মরোং মপুক থন্না চাবা ফংজদে । তোম্বাগুম্বা লাইরবা ছাত্র কয়া চাক্না য়েংলি। উপায় লৈজদ্রবী নুপী কয়া মকোক্তা মখূৎ হাপ্তুনা কপ্লি। মনিগুম্বা লাইরিক হৈরবা নাহরোল ময়াম অমা খোইশাওনরি, আত্মাঘাত তৌনৈ। শোৎথহৌরবশিং অসিগীদমক সরকার অসি া করি খন্নরি? ঐখোয় লাইরবা লৌমী-শিল্পীশিংগীনা অৱাবা চৈথেং অমসুং চিন্তাগী পোৎলূম, মখোয় ইনাক খুনবশিংগীনা নিংখা তম্বা অমদি নুংঙাইবগী হক। মখোয়না সাসন তৌবা, ঐখোয়গীনা হায়বা ইনবা। ঐখোয়না লাইরবশিংগীদমক খনবীনবা ভোট পীখি, মখোয়না ইনাক খুনবশিংগীদমক য়েংলগা লৈবাক ঙাক্কনি । অরৈবশিংনা লৈতবশিংবু তুহৎপীবসি কৈদৌঙৈ তোকহনগদৌরি ? লৌমীশিংগী পোৎথোক মমল হন্থরিবমখৈ সাসন হৈবা শক্কনি, শিল্পীশিংগী খূৎশূমন হৈগ্রু মনাদা য়োমগনি। কর্ম্মচারীশিংগী তলবনা নোংদোন পকহনগনি, মরমদি সমাজদা খেন্নবা থাক থল্লগা সাসন তৌবা নুংঙাই হায়বসি মতোং চাখ্রবশিংনা ঙন্না ফাখ্রবা পারানি । হুমাং তাদবা কর্ম্মচারীশিংগী ৱাকৎ সরকারনা তাগনি, ঈ শিন্থরিবা লৌমী-শিল্পীশিংগী

খোল্লাউবুদি নাচুংবীরোই।

ইলেক্সন ময়াদা লাইরবা কোকহন্নবা, মান্নবা খুন্নাই শেম্বা অমদি শোৎথহৌরবশিংবু শৌগৎপীবগী থৌশীল-থৌরাঙ কয়া লাউথোক্কনি, মখোয়দু শোয়দনা পাঙথোক্কনি হায়বা ব্রাশক্তা ভোট খোমগনি। ভোট কাখিবগা ব্রাশক পূম্নমক কাউখিগনি, মরমদি মখোয়গী পুক্লিং-ব্রাখল হান্নদগী য়াইফরবশিংগী মীচংদা লৈরকখিবনি। লৈবাক্কী কাইথোরকপা শেলফম পূম্নমক মখোয়গী ফুরিৎখাউদা চঙখিদুনা লাইরবশিংনা মনম ফাওবা ফংহৌরোই। লাইরবা লৌমী ঐখোয়সি লৈবাকসিগী প্রজানি করম্না হায়সিগে, অরৈবশিংনা হেন্না হেন্না নুংঙাইবা, লৈতবশিংনা খম থেংনা ব্রাহনবা খুন্নাই অসিদা ঐখোয় কয়া কুইনা খাঙখিসিগে?

লৈবাক অসিগী গনতন্ত্র হায়বসি মিংথোলতনি । কুপ্না য়েংবদা ইনাক খুনবশিংনা অরৈবশিংগীদমক লাইরবশিংগী মথক্তা সাসন তৌবনি । মরম অদুনা শোৎথহৌরবা লাইরবা প্রজা হিংবদা ব্রারগনি, মতোং শেৎ শেৎতুনা চারিবা কাঙবু থিংবা ঙমদনা নোয়রগনি। লৌমী-শিন্মী পুন্না ইশাগী অব্রাবা কোক্লবা হোৎনবগী মতম হেনমল্লবনি। ঐখোয় পূল্লসি হায়বা ব্রাফমসি থমজরগা ঐ লোইশিঞ্জরগে। অমুক্কা হন্না খ্বায় পূম্নমকপু খুরুমজরি ।”

অহল অদুনা ঙাঙবা ঐ পূক্লিং য়াম্না চংনা তারম্মী । ঐ খোইশাওননা মীকপ থোরকপগুম তৌই । ব্রারোলশিংদু ঐগী পূক্লিংদসু তোয়না হংদুনা লাকখিবনি। মিতিং লোইরকপদা ঐ অহল অদুগী তুং ইন্দুনা চৎলম্মী। মহাক কৃষক সভাগী মীশক্লি হায়না ঐঙোন্দা শক্তাকখি । ঐগী পরিচয় পীদুনা কন্না হায়জবদগী ঐঙোন্দা মখোয়গী নেতাগা উনবগী তাঞ্জা পীবীরে। লৈবাক অসিনা তুংদা ওইরক্কদবা ফিভম ফজনা য়েক্লগা নেতানা ঐবু উহনবীবগীদমক ঐ হায়ফম খঙদবা নুংঙাইবা ফাওই, লোয়ননা ঐ মহাক্কী তুংইনবা শিষ্য ওইরগে হায়বসি লেপ্লে । ঐগী পুক্লিংগী ব্রাদু য়াবীদুনা ঐবু লৌশিনবীনবা হায়জবদা গুরু কৌবদা মতিক চারবা নেতানা কন্না খামলম্মী ।

“ ঙাইখো ইবুংঙো, নঙগী ফিরেপ থুমল্লি। নঙ অঙাংনি । ইপাদি পুক্লিং লেপ্লবা মীওইশিংগা লোয়ননিংঙি ।”

" ঐ চপচানা লেপচরবনি গুরুজী, ঐবু লৌশিনবীয়ু ।"

" নঙগুম্বা লাইরিক হৈবা মীশক অমনা ঐগী দলদা য়াওরকপা শেংনা নুংঙাই, নঙগী ব্রাখল থৌগৎফম থোকই । অদুবু ঐনা নঙোন্দা হায়খ্রে, ঐখোয়গী দল অরুবা ফিরেপ লৌগদৌরি । মরম অদুনা নঙ মতম খর মুন্না খল্লুখো । করিগুম্বা ঐঙোন্দা থম্বা থাজবা মাঙদ্রবদি থখাই অমগী তুংদা শওম্মুংদা থিরকউ, উনসি ।"

ঐ মখা তানা তকশিনবা ঙমদবনা তুমিন লৈরে । গুরুদা খুরুমজরল্লগা অথেংবা অহিংদা ঐগী লৈফম য়ূমদা হল্লকখি ।

থাখাই অমা লৈরগা ঐ শওম্মুং তল্লম্মী। মফমদুদা গুরুগা উনদুনা ঐগী অরেপ্পা ব্রাফম ময়েক শেংনা ফোংদোকচৈ ; চানবীবদগী ঐবু সেবক অমা ওইনা লৌশিনবদা য়াবীরে।

" অদুদি ইবুংঙো থোইবা," গুরুনা হায়," নঙ হয়েং য়ূমদা হনখ্রো।"

" গুরুজী, ঐ অমুক হঞ্জররোই, লোয়নজদুনা সেবা তৌজনবা ফিরেপ লৌজরবনি।"

" অদু য়াখিরোই,ঐবু ফাগদবগী সরকারগী সিফাইশিংনা তান্নরিবনি ।"

" অদুদি ঐখোয়গা করম্মা উনগনি?"

" উনগনি, নঙ য়ূমদা লৈরম্মু । নখোয়গুম্বা নহা খর নঙগী য়ূমদা লাক্কনি ।" গুরুনা ঐঙোন্দা দলগী অপিকপা ফিরাল অমা পী । " মসি ঐখোয়গী দলগী শক্তাক চেনি। মখোয়গা পূন্না লৈমিন্নরম্মু । ঐ নখোয়বু থিরক্কনি, ব্রাফমসি অরোনবনি, চেকশিনগদবনি।"

গুরুনা কন্না হায়বদগী ঐ মরুপ অমগীদা অহিং অমা লেক্লম্লগা নোংঙানবদা য়ূম পাংলকই। মথংগী নুমিৎতা ঐ গুরুনা পীরকপা চিঠি অমা থিনবা শুগুদা চৎলি । মফম অদুদা নুমিৎ হুম্মি লৈরম্লগা য়ূমদা হল্লকপদা ঐগী ইচল তমুবীনা ইনাক্তা চঙলক্কুনা হেমানা পীরম্বনি হায়বা চিঠি অমা থম্লে । —

তেশিল মখূৎকী থাঙ্গোল থাঙ্গৎলগা ফৌরক্তা চপ লেপখি, লাউরকই ।

" করি, হেমাগী চিঠি ? মরোলদু হায়য়ু ।"

" তেশিল, মহাক্কী মরমদা নঙ ঐঙোন্দা য়েৎলগনু ।" থোইবা শেংনা হায়জবনি ।

" হায়বদি মহাকপু পূমকাউ কাউখ্রগে খল্লে ?"

" নিংশিংলক্লবসু মীগী ওইখ্রবীদুগী মরমদা ঙাঙনবা ফত্তে হায়বসি য়ান্নখ্রবা নৎত্রা ।"

"ৱাফমদু চুল্লবসু মখোয়গুম্বগী ৱারীবু নুংঙাইনা তারোইদবা কনা লৈ ?"

" ঐদি লীনিংদ্রে ।"

" অদুদি নঙগী ৱারী মখা চৎথৌ ।"

থোইবা মশাগী ৱারী পরীংদা লাকই ।

— ঐনা গুরুগী ৱাখন্দা লূপচবদা সংসারগী অতোপ্পা ৱাফম অমত্তনা য়ৈখাইবা ঙমদ্রে । ঐ গুরু লেংলকপা ৱানা ঙাইখি ।

অয়ুক অমা ঐগী লেংগা ওইবা পাখং অনী ঐখোয়গী য়ুমদা চঙলকই । শক্তাক ফিরাল উৎলবদগী দলগী মীশিংনি খঙলে । মতম ইকান কান্নদনা গুরুসু শক লোৎতুনা থুংলরে। খুদক্তা ঐখোয় কবো তম্পাক তম্বা তারবনি । কায়নরমদাই মিকুপ্তুদা ইমা-ইপা অমদি ইচলবু নুংশিবগী চাং খংহেন হেনগৎলকখি, অদুবু পুক্লিংগী অরোনবা ৱাহৈনা থাদোক্লম্বা নত্তনা মপান থোক্লা পাউমেন্নরম্বদি য়াখিদ্রে।

ঐখোয় য়াম্না কন্না চৎপনা নুমিদাংৱাইদা লৈবী খুল থুংবা ঙমখি। মথং নুমিৎকী য়াচংবা মতমদা মংসা তারে। ঐখোয় মীরৈবাক্তা লৈরবনি। অহিংদা গুরুগা মৈতৈ অমসুং অৱা অহল কয়াগা ৱারী শানৈ। মখোয়গী মফমদা ঐখোয় অহুম্বু শিন্নরম্লগা গুরু হৈরোক তাবা লম্বীদা মণিপুর থোকখি। মরুপ ওইবা মীশিংগী পাউতাক্তগী ঐখোয় খুল অমদগী অমদা হোং হোংদুনা চৎলম্মী। নোংমা মণিপুরগী লম য়াঙৌপোকপীদা লৈরিঙৈদা নুপা অমা লাকই, গুরুবু থিরকপনি । মহাক পাৎশোইদগীনি। নুপা কুন পুরগা মথং থাদা গুরুগী খোঙ্গুন লীরক্কনি হায়রম্লগা মহাক হনখি। মহাক্লা পীরম্বা পাউদগী খঙহৌবদি লমলাই, হৈরোক, নম্বোল অমদি অতৈ লমশিংদগী মী কয়া অমসু গুরুগী তুং ইল্লক্কনি

হায়বসিনি। থাখাই অমরোম লৈরগা গুরু অমুক হল্লক্লে।

লিজিক্তা য়াম্না থুনা লাক্লবা পাউ পুরকপা নুপা অমগা উনরবা তুংদা ঐখোয় মহাক্কী তুং ইন্দুনা চৎলে। মফমদুদা খূৎলাই পায়বা নুপা কুন্না ঐখোয়বু ঙাইরম্মী। মখোয়গী লুচিংবগা গুরুগা য়াম্না কুইনা ৱারী শানৈ। মণিপুরদগী লাক্কদবা পাখং চামগী খূৎলাই অমদি অতৈ মচাক-মথুম মখোয়না পীবগা লোয়ননা পূন্না থবক তৌমিন্নবদা য়ানরে।

ঐখোয় মংসাদা হন্দোক্লুনা মতম খর মণিপুরদগী থুংলগদবা মী ঙাইরম্মী। নোংমা তুমুদগী লাকপা নুপা অমনা গুরুদা চিঠি অমা পীরৈ, বাংলা লোন্দা ইরকপনি। ঐনা মরোল হংবদা গুরুবু মন্দলেদা লাকউ উনসি হায়বনি তাক্লম্মী।

মংসাদা কুইনা লৈবা য়াররোই খন্নবদগী লিজিক্কী কাঙবুদুগা ঐখোয় হুম্লেন তানা চৎমিন্নরম্মী। নিংথি তুরেল মপান্দা তাবা মৈতৈ খুঙ্গং কয়াগী মীশিংগা ঐখোয়গা উনৈ। মখোয়গী মতেংদগী বর্মা সিফাইশিংনা ঐখোয়বু পাক ফাবা ঙমখিদে। নুমিৎ মঙানি চূপ্পা তুংহে অমসুং ফোংপেন চৎলুরগা হল্লকপা গুরুনা ঐখোয়দা চৎথগদবা থবক তাক্লে।

" অঙাংশা, নখোয় মতম খর অথাপ্পা মফমদা ট্রেনিং তৌরুবা তারে। ঐখোয় খূৎলাই পায়বা সিফাই ওইদবা য়াদ্রবনি।"

" মফম কদাইদনো ?" ঐ য়াম্না খঙনিংখি।

" চীনগী লমদা ওইবা য়াই।"

" গুরুখক্তা করম্না লৈবীহৌগনি ?"

" অসুক য়াম্বা মী লৈরিবসিদি, ঐগীদমক ৱারুনু। ঐসু নখোয়গা লোয়ননা চৎনিংবনি, অদুবু মণিপুবদগী লাক্কদৌরিবশিংদু ঙাইদবা য়ারোইদৌরি, ঐ চৎথোকখ্রবদি থৌরাঙ পূম্নমক কায়বা তারে।"

" চৎকদবা মতমদি ?"

" নখোয় অহুম পূল্লরোই, তোঙান তোঙানবা কাঙলূপ্তা খাইদোক্লবা তারে। হয়েং খোঙশানগদবা মী তরানিথোইগী কাঙবুদা নঙ মশীং চল্লে। অৱা নুপা অমনা লমজিংগনি।"

" মখোয় অনীদি ?"

" মথং মথং, ট্রেনিং তৌফমসু তিন্নরোই। নখোয় পুক্লিং চঙনা

তন্নকউ, রাজনীতিগী ওইবা ট্রেনিংসু য়াওরি হায় ।”

মথং অয়ুক্তা ঐ গুরুবু খুরুমজরল্লগা অনৌবা শক ওইরিবা পাখং তরামাথোইগা নিংথি তুরেল হনগৎনা অরোনবা লম্বীদা খোঙশানবা হৌরম্মী। ঐখোয় থাঙ অমমমদগী হেনবা খূৎলাই অমত্তা পায়নদে। পুনরিবা অচা-অথকসু মরাং কাইনদে। চহী কুম্থ্রাগী লেঙ্গা ওইবা ঐখোয়গী লুচিংবদু থৌনা লৌশিং চাউবা মীশক ওইনা উই। মহাক মশানা মমিং চৌনলু কৌই হায়না তাক্লকখি। ঐখোয় পূম্নমক মথং মথং মিং হায়নৈ — হোলখোসৈ, মিৎ-য়ান, উমা, লেনচিসো, বোংফা, লু-হেন, পুপ্তেকো, সিমতোং, কোঙেন, ওসারতো, থোইবা ।

তুরেল মরিলদা ৱা হোনবা শাদুনা নোংমা চূপ্না চৎলবা তুংদা ঐখোয় তাংখুল ফাবৌদা থুংলম্মী। ফি ফজনা শেৎতবা মীয়াম মরক্তুদা ঐ য়াম্না হৈনদনা থোকখি। মথংদা শানশিংনা নম্মা খুন্দাবা থমাতি য়ৌরে। মরিনিশুবা নুমিৎতা খামাতি থুংলম্মী। হীরা, তম্ফা অমদি মমল য়াম্বা নুঙ লল্লোনফম অদুদা ঐখোয় কাঙলুপ কয়াগী মীওইশিং থেংনৈ। মফমদুদা ঐখোয়বু অনৌবা মীতোপ্নি খঙবদগী মী খরনা কোয়শেন শেন্নৈ। মতৌদুদা ঐনা চিংনরুবদু ওন্নরল্লে ; মখোয় মমল য়াম্বা নুঙ মখল কয়া য়োন্নবা থেংলবনি। ঐখোয়দা করম্বা মখলগী পোৎ পাম্মি তোয়না হংলৈ। তুংদদি ঐখোয়গী লুচিংবনা 'ADAM' পাম্মি খূমখি। মখোযদা করেম্নবে খন্না ললোনবশিংদু হৈনিংদনা চৎখ্রে ।

লুচিংবা চৌনলুনা হায়, “ পৃথিবীগী শক্তি লৈবা নিংথৌ,মহারানী অমদি ইনাকখুনবশিংনা ADAM থিহনবগী ৱারী তাখি। মদুবু কয়া চাউবা মণিনো, থোইদোকপা করি মগুন লৈবা জাৎনো, অদুগা মঙোন্দা করিগীদমক মিংথোল অদু পীরিবনো হায়বদি কনাসু খঙনদবগুম তৌই ।”

“ হুরানবশিংগী খুত্তা তাখ্রবা মণি অদুগী থোইদোকপা শক্তমদি উহৌবশিংগী ৱারীদা, কনাগুম্বনা মুন্না য়েংবদা ইংরেজী ময়েক A মানবা মঙাল উই, নাকল অমরোমদগী য়েংবদনা D মানবা মশেক্লা য়োম্মি, করিগুম্বদসু M মানবা অমা মনুংদা উবা ফংঙি । অদুনা ADAM কৌনবনি । মাগী মগুন্দি নখোয় ঐখোয়গুম্বনা করম্না খঙগনি নত্তেদা ।” উমানা শমথৈ ।

" কয়া য়াম্না চাউবা জাৎনো, মমলনা কয়া ওইরমগনি ?" সিমতোংনা হংখিবনি।

" খুনু মরুম্মুক চাউই হায়নৈ । মমলগী ৱাদি মশীং মপান নাইবা জাৎ নত্তেদা ।" চৌনলু য়াম্না খঙবগুম হায় ।

উমানা হংলকই, " মদুবু করম্না মাঙখ্রিবনো? "

" মরী মখোঙ লীনবদা পার্সী ললোনবা অমগী খৃৎ য়ৌখ্রে খন্নে। মহাক্না তেহরান তানা পুনবা হোৎনবদা লাঞ্জেনবশিংগা মণিপুর মাযকৈ পাংনা চৎমিন্নখি। লাইরবা শাদুনা সিফাইশিংগী চেক্তগী কঞ্জনবা থৌরাঙদনি । বর্মা অমসুং মণিপুব তাইনবা লমদা মঙোন্দগী মীওই খবনা লুট তৌখিরম্বা য়াই হায়বসিসু মযাম্না থাজনৈ ; হায়বদি পোৎশক্তু লমদম স্বাইদা লৈরমখিগনি খন্নবি।"

" মণিদু ঐখোয়না ফংলবদি করি তৌনসিগে ?" উমা ঙাইহাক মঙলান্দা তাওখি।

কান্নদবা ৱারীনি খন্নবগুম ময়াম তুমিন লৈনখ্রবসু ঐঙোন্দগী পাউখুম থোকখি, " সংসারদা খ্বাইদগী ৱারবা অঙাংশিংগীদমক পুথোক্কনি ।"

পৃংজা খবগী তুংদা ঐখোয় অঙম্বা চীং লম্বী অমদা হায়গৎলে। শুক্লবা উমংদা খুঙ্গং কয়া লন্না লন্না তারম্বা থেংনৈ। নুমিৎ তরানিগী তুংদা ঐখোয় অপিকপা তম্পাক্কী উমংদা ফাওরম্মী। মফম অদুদা লুচিংবনা ঐখোয় তরামথোইবু উরুম অমদা ফমহল্লগা মচীন্না উচেক খোংবগী মতৌ তমদুনা মথন্তা চৎখি। ঙাইহাক লৈরগা ঐখোয়বু কৌবা লাক্লে,নোংমৈ পায়বা নুপা অনীগা লোয়নরকখিবনি। ঐখোয় মখোয়গী তুং ইন্দুনা চৎলম্মী। লমহূই মখুলমক্তা লাওনা হুৎলগা শেম্বা শুরুং অমদা অহিং অমা নোংমৈ পায়বা নুপা কুনগা লৈমিন্নে। নোংঙানবগা ঐখোয় অমুক চৎপা হৌরে। মথং নুমিৎতা অচৌবা চীং অমা লাম্থোক্লগা তুরেল অমা ফংখি। মদু লান্নবা হোৎনবদা অরুবা থবক অমা ওইরে , মরমদি ঐখোয়গী মরক্তা ঈরোইবা হৈতবা মী অহুম য়াওরি। অকংবা উগী মতেং লৌদুনা মখোয় অহুম্বু লাম্থোকহল্লবা তুংদা ঐখোয় নুঙজাউ ময়াম চাইখাইদুনা লৈবা চীংয়া তম্পাক অমদা নুংশা মৈশা খাঙনা চৎলম্মী । মতম শাংনা অশুকপা উমং অমা

লাল্লবা তুংদা চীংখোঙ অমদা ইনা কুপ্পা য়ূম খর লৈবা থেংনরে। লাপতক য়েংবদা অপিকপা খুল অমগী মওংনি, অদুবু মী নৎত্রগা শা-ষন অমত্তা লৈবা উদে। লুচিংবনা নুঙজাউ অমগী মথক্তা কাখৎতুনা মহাক্কী উচেক্কী মরোল কন্না কন্না খোংলম্মী। অথাপ্পদা অৱাংবা উ অমগী উশা নোম্বা উই। লুচিংবনা মাঙ চিংদুনা ঐখোয় মফম অদু য়ৌনবা য়াম্না থুনা চৎলম্মী। অমুক হন্না তাক্লদ্রবসু মফমদু ঐখোয়গী ট্রেনিং তৌফম ওইরম্লগনি খঙনরে। চুল্লবনি, নোংমৈ পায়বা সিফাই মরি থোক্লক্তুনা ঐখোয়বু ওক্লরে। মখোয়দা চৌনলুনা চে অমা পীরম্মী।

মতাই ইথং থংনা শাবা, ময়ামদগীসু খর হেন্না চাউবা শঙ অমদা ঐখোয় তরানিথোইবু পুন্না লৈহল্লম্মী। ঐখোয়না শিজিন্নবা ফি,প্লেট, মগ, সাবন্নচিংবা খুদক্তা য়েল্লকখি।

মথং নুমিৎতগী ঐখোয়গী ট্রেনিং হৌরে। খোঙ-খুৎকী অচম্বা ড্রিলদগী তম্বীবা হৌই। মথংদা লমজেল চেলহল্লি, তুরেন্দা ঈরোইহল্লি। উজাউ মতোন লোম্না কাবা হানবা তান্নহল্লি। য়োৎলি তিংখং মরক্তা লিৎতুনা চৎহল্লি। চয়োল তরুক্কী মতুংদা নোংমৈ মখল কয়া শিদোকপা অমসুং পানশিনবা হৈনরে। নোংমৈ কাপ্পগী পারা অমুক হৌই। উপ্পা কাপ্পা, ফম্লগা কাপ্পা, লেপ্না কাপ্পা চৎনা চৎনা কাপ্পা মতম চংনা তম্বীবনি। য়েক্লবগা নোংমৈ কাপ্লবদা নুঙগী ,উগী অমদি লৈবূংগী মরুম থুপ্পা, উপ্রাক্পা উপ্পা, শিৎতুনা চৎপা, খোঞ্জেল থোকহন্দবা য়োংগী, হৌদোংগী, কৈগী খূৎচৎ হৈতবা য়াদ্রবনি। গ্রেনেদ লংবা, বোম মখল কয়া পোকখাইহনবা, মোর্তোর অমসুং রোকেট কাপ্পা, পিঃইঃ অমদি ডিতোনিতর শিজিন্নদুনা রেল লম্বী, য়ূম অমসুং থোং থুগাইবা, বোম ফুম্বনচিংবা মাঙহন তাকহনবগী থবক্তা থা অনী চুপ্পা তম্বীরে। পোৎ লোৎপা , অতোপ্পনা লোৎলম্বা পোৎ থিবা, হেলিকোপ্তরদগী পোৎ ওকপা মতম য়াম্না চঙনা তম্বীখি। মেপ অমসুং কম্পাসগী মতেংনা অমুক্তা থেংনদ্রিবা জঙ্গল, চীংজাউগী লমদা লৈবা অকক্লবা মফম অমা য়ৌনবা চৎপগী ট্রেনিং অদু য়াম্না ৱারবসু হৈনিংনদি তম্নখি। অরুবা লোক থৌরী তিংলগা খূৎলাইগা লোয়ননা লানবা, নুঙ ফক্লাং কূমথবা, তুরেল লানবদা খুৎলাই চোৎহন্দবা, উতোন্দা অহিং য়ারেকপা অরুবা পারা ওইখি।

মায়পাক্লা পাঙথোকপা ঙমদ্রিবা ফাওবা হন্না হন্না তৌহল্লি । নুমিৎ তরুক্লি চুপ্পা তূম্নবা মতম পীদনা লোক্লুংগী ঈশিংদা চৎহনবগী ট্রেনিং অদুদগী হেন্না ৱাবা করি লৈখিগনি ; খ্বাং য়ৌনা চেল্লিবা ঈশিং মনুংদা লেপ্তুনা লৈরাইদা ঙারগা ঐ মিনিট তররোম তূমখি । অরুবা ঈশিং মনুংদা চীন্না পাইপ চুপ্লগা নুঙজাও কোন্দুনা পূং কুনমরি খাঙবা অমদি লৌবুক্তা পৈবা ফৌ মনুংদা চঙদুনা মতম শাংনা লোৎপা ট্রেনিং অনীসিদা ঐখোয় শিরগনি খন্নখি।

চাবনা কিরাৎথাংবগী, শূবনা ষনশাল থৌশূ হায়নবদুমক চপ চানা তারবা ট্রেনিং ওইবনা ঐখোয় পূম্নমক য়াঙ কংত্রিক কংনরে । চিঞ্জাক ফত্তবনা তোয়না নানবনি খঙলবসু ৱাকৎলুফম লৈখিদে । পাঙ্গল য়াওনদ্রে, শকফমসু পূমওন ওল্লবনি। ঐখোয়গী ট্রেনিংদু মতম কয়া কুইনা তৌগদৌরিবনো হংলুবদা খক তাক্লকখিদে।

থা কুন চুপ্পা অকনবা লানগী ট্রেনিং পীরবা তুংদা রাজনীতিগী অমুক হৌরে চহী তঙ্খাই চঙনা তস্বীরক্লে। মবক্তুদা ঐবু মেকোং তুরেল মপান্দা লৈবা অৱাংবা থাক্কী ট্রেনিং তৌফম অমদা থারস্মী, মফমদুদা অনৌবা গুরিলা লাল্লোং নৈনবতা নত্তনা এঙ্গেলস অমসুং মার্ক্সকী ৱাখল্লোনসু ফনা নীংথিনা তস্বীরকখি। ঐনা অমুক হল্লক্লবা মতুংদা নোংমা ঐখোয় তরানিথোইবু তরুক তরুক্কী কাঙলূপ অনী থোক্লা খাইদোক্লগা মী অমমমদা নেংমৈ মরূ কুন্থ্রা কুন্থ্রা পীদুনা মফম চানা লৈনহল্লগা ওনশিন্দুনা কাপ্লহনখি। অরোইবা চাংয়েং অদুদা ঐখোয় খূৎকী অৱা পাখং সিমতোং লেংজুমদা মরূনা পান্দুনা লৈমায়থক্তা থরো থবো ওল্লস্মী । মহাক্কী হকচাং ঈনা লূপ্লে । মদু উরগা ঐখোয় কাঙবুনসু মায়োক্লবগী মী হাৎনবা কন্না হোৎনখি । অশেংবা লাল অদুদা মখা অশোক অপন লৈনদনা মরূ য়াওনরক্তবগা লোইশিল্লে । ঐখোয়বু ট্রেনিং পীখিবা চীন নুপা অমনা অশোকপা অৱা পাখংদু মুন্না য়েংলগা নাকন্দগী পিস্তোল শৎতুনা দং দং কাপশিনখি ।

মথংগী অয়ূক্তা ঐখোয় তরামাথোইবু মরাংকায়না পীজরবা তুংদা ট্রেনিংদা তৌহনখিবা জঙ্গল চৎপগী পারা কাউদনবা চেকশিন্না অমুকসু শিন্নৈ । নেতো এসঃএলঃ আরঃ অমমম মরূ য়াঙ্খে য়াঙ্খেগা গ্রেনেদ মরি মরিগা পীদুনা ঐখোয়বু থাদোরক্লে । হীদাক অমদি বেন্দেজ খর নত্তনা চান-থক্লবা পোৎ অমসুং তূস্বা হিপ্পদা শিজিন্ননবা ফি অমত্তা

লোইনহল্লক্তে ।

চহী অনীরোম অৱাবা কয়া খাঙখ্রবা মফমদু থাদোক্লমদাই মীকুপ্তা মরাইবক থীখ্রবা মরুপ সিমতোংবু নিংশিংনৈ, জেলদগী থোরকপগুম ঐখোয় নুংঙাইবসু ফাওনরি। ঐখোয় হল্লক্লে অদুবু করম্বা যূমদনো হায়বা কনানা তাক্কনি ?

" তশেংনা মরুপ্তু মরাইবক থীবনি, নীংথিনা লায়েংলবদি ফরকপসু য়ারিবনি।" পুপ্তেকো নিংঙমদনা শোল্লকই।

" শোইদনা হিংখিগনি খল্লি।" বোংফানসু হায় ।

" অদুবু করি ধর্মনো ?"

" মখোয়গী ধর্মদি লাল তম্বীবা, অকনবা লালফমদা ওইরম্লবদি নুংশি হায়দুনসু মরুপ্তুবু ঐখোয়গী মরক্তগী কনানা য়েংশিল্লুবা ঙমগনি ।" লুচিংবনা হায়।

" অসিদি লাল নত্তে , ট্রেনিংনি।"

" ওনশিন্দুনা কাপ্পহল্লিবসিবু লাল নৎত্রবদি ফাগিরা ? হন্দক্তি ঐখোয়গী মরক্তগী অমত্তবু লৈহৌরি। মমাঙগী কাঙলূপ্তুদি অহুম লৈহৌবনি।"

" মীনুংশি লৈমন্দে, ঐখোয়সি চাদবনা শিরুরসনু হায়বগুম থাদোরক্লবনি ।"

" অসিনি খ্বাইদগী চাওবা ট্রেনিং, ফিভম অমদি লৌশিংনা ওজা ওইগদবা।"

খূৎলাই পায়দুনা লান্মীগী লোনচৎ হৌরকপা মতমদুদা ঐখোয়গী থৱায় চাউবগুমসু তৌই , অমুকসু খংপিক পিকশিল্লি । অতোপ্পা দেশ অমা থাদোক্লল্লগা বর্মাগী কাচিন লমদম চঙলকপদগী ঐখোয় নীংখা তম্না চৎপা ঙমদ্রে । য়েক্লবনা লম্বী অয়াম্বা থৎতুনা লৈরে হায়বা পাউ ফংবনা ঐখোয় ঙমখৈগী লমদা নুমিৎ হুম্নি যাম্না ৱানা খাঙখি । ৱানা থুংলুবা খুঙ্গংশিংদা চানবা নিরুবদা য়াম্না পীনিংদবা মতৌ উৎলকই । করিগুম্বদদি মখোয়দগী নম হাদুনা লৌখিবসু য়াওরে । মওং অদুদা কুইনা পন্থবা ফররোই খন্নদুনা ঐখোয় তাইবং মীনা অমুক্তসু চৎনরমখিরোই লৌনবা জঙ্গল ফাওদুনা মখা মায়কৈ পাংলকই ।

ঐখোয় তারমাথোইগী মিং তোয়না কৌনদবনা কাউথোকপা থুই, অমগা অমগা য়েৎশিন্নে। মরম অদুনা, থবক শিন্দোক্লবদা খুদোং চানবগীদমক লুচিংবনা ঐখোয় তরামাথোইগী মিং তোঙানবা মওংদা খঙনবা শীল্লে। লুচিংবা মশা ৱাননি, ঐনা তুনি, মিৎয়ান্না থ্রিনি, হোলখোসৈ ফোর, উমা ফাইভ, বোংফা সিক্স, কোঙেন সেভেন লেনচিসো ঐইত, লু-হেন নাইন, পুপ্তেকো তেন অমসুং ওসারতো ইলেবেন। অসুম্না কৌনবদা ঐখোয় তুংদদি য়াম্না খূৎলোইখি। থ্রি , সিক্স অমসুং তেন ঐবু নুংশিনা তৌবা মকুপশিংনি।

অশুকপা উমংদা পোৎথাবিঙৈদা ৱান্না হায়," ট্রেনিংদসু তোযনা হায়খ্রে, অমুকসু নখোয়দা নিংশিংলি ; লম্বীদা য়েক্লবশিংগা থেংনবা যাই , ঐখোয়গী মক্ক মরাং কায়দে, অদুগী মথক্তা মীশীং যামদবনি, য়াবিবা মখৈ নোংমৈ কাপ্পনা য়েক্লবগী খূৎতগী নাম্থোক্লবা হোৎনগদবনি । অদুম ওইনমক য়েক্লবদগী নাম্থোক্কুনা চেন্নবা অহানবা উপায়দি নোংমৈ কাপ্লম্বনি হাযবদুসু কাউগনু। তোঙান তোঙানবা মাযকৈদা চেন্নখিদুনা লম্মাংনবা অমদি নাইতোম তাবগী অৱাবা নংগল্লি। অদুগুম্বা ফিভম তারক্লবদি জেশা উপায় তৌদুনা হুল্লেন য়ৌরক্লবা হোৎনৌ। য়েক্লবদা চঙজদবা অশেংবা সিফাইনি। মখোয়গী মীওৎ-মীনৈ খাঙগদবগী শরুক নথন্তা শিদোকউ। খুল অমত্তদা কুইনা পন্দুনা লৈবা যাদে। খুল নৎত্রগা লম হংবদা অমত্তা হংগনু, অনী-অহুম হংঙু। খুলগী মীনা যু পীবা লৌগনু, থকসু থক্কনু। য়াম্না খুদোং থীরবা মতমদতা লমশাদা নোংমৈ কাপ্পু।"

ঐখোয় লুচিংবগী ৱা মুন্না তারম্মী , মরমদি ঐখোয় য়েক্লবা লৈরবা সিফাইনি ।

মঙানিশুবা নুমিৎতি ঐখোয় চরা হেল্লে, করিমত্তা ফংখিদবনি। উতোন কা কাদুনা য়েংবদা খুঙ্গং অমত্তা উবা ঙমখিদে। চরাম্নরকপদগী খরনা শা কাপ্লসি হায়। ৱাফমদু লুচিংবনা য়াখিদে।

" ঐখোয় চরা হেন্দুনা শিবা পামদে।" সেবেন শাওগৎলকই।

" চরাম্নদুনা শিবদগী হেন্না পাঙদবা মী লৈরিব্রা? " ইলেবেনসু পাংশিল্লকই।

" চরা অনী চাদবনা মী শিবা হৌনদে, থৌনা লৈয়ু ।" ৱান্না

চৈহৎলি।

" নোংমৈ মখোল তারগা য়েক্লবনা তাল্লক্কনি অসিরা? থেংগাইনসি । করিগীনো য়েক্লুববু অদুক য়াম্না কিরিবা ?"

" ঐখোয় মমল য়াম্লবা মীনি, চরা অনী চাদবদা চৎনলোন থুগাইবা ফত্তে ।"

" চৎনরোল ঙাকপদা শিবা পামদে। ঐ লৈহৌরগে,চৎনিংবা মফমদা চৎচখ্রগে ।"

" তৌগনু অঙাং, ঐখোয় থৱায় অমত্তনি, নাইতোম তাবগী ৱাফম পনবা হৌনদে ।"

" অদু অদা খঙদে, ঐ শা কাপ্পা চৎলে। " সেবেন মমায় লৈথোক্লুনা নাকল্লোমদা মখোঙ থাংবা হৌই ।

" সেবেন,মদু নত্তে,মাঙদা চৎলু।" ৱান চেনখৎলগা নুংশিনা থেন্নলম্মী।

" মীকিথীশা, লৈহৌরো।" সেবেন নমদা চৎকে তৌই ।

ৱানগী মখূৎ অদুক য়াম্না থুরমগনি খন্নরুদে,অমুক্তং থিনখিবদা সেবেন লম অনীরোম লাপ্পা লোংনা শিৎলি। নোংমৈগী বোল্ট চিংলগা হৌগৎলক্কে তৌবদা ঐনা মহাক্কী য়েৎথংবা পাম্বোম খোঙপাক্না নেৎলগা থমখিবনি। তশেংনা ঐ মাবু ৱারক্লিংলি।

" সেবেন, ঐখোয় খুদিংমক ৱানগী য়াথং ইনগদবনি হায়বা কাউরিবা করিনো ?"

ময়ামদু তুমিন তুমিন য়েংনৈ। ৱান্না সেবেনবু চিংখৎপীরগা মশাদা পকপা উফুল উনা কন্থোকপীরম্মী। ঐখোয় লম্বী লৈতবা জঙ্গলদুদা অমুক চৎপা হৌরে,কনাসু খোঙদি থাংনিংদ্রবনি । চীংদোন খর নত্তনা নুংশা উরক্লবদা চানবা ফংবগী আশা মাঙখ্রে। পোখারসি হায়নরকপা মতমদা লাপ্তক্না ঈরাওখোল তারে। ৱানা ৱানা চংশিনবদা অচৌবা তুরেল অমা লৈরম্লে। ঈশিং থকপা কুমথখিবা থ্রিনা লাউরকই, " ঐখোয় হিংলে।"

ঈশিং উবদা হরাওবনি খন্নদুনা মথং মথং কুমথনৈ । অদুবু থ্রিনা লাউখিবদু মহাক্না খুদোম্বী থিল্লকপদা ভাব তানরে, শনম্বা ময়াম ঈরুপ্পা উই । ঈরেন্দা ঙানা কুক কুক ইন্ননা লৈরবনি । থ্রি অমসুং ঐইতকী রাইফল

মজল ঈশিং মনুংদা থিংজিল্লগা ব্রান-টুর-থ্রিদা মরূ অমমম কাপশিনখি। নেংমৈগী মখোল থোক্তবগুম্মি। ঙাইহাক লৈরগা অপিকপা ঙাশিং ঈমায়দা তাওরক্লে, অচৌবশিংনা মখাদা লুপ্তুনা লৈবা উই। থ্রি অমসুং ঐইত মফি লৌথোক্তুনা ঈরেলদা চোংথখি। মখোয় অনীনা হুনগৎলকপা ঙা অতেনবা মতমগী মনুংদা মীপোৎ ফারে। মমশিল্লক্লবদা মখোয় অনীবু কাখৎহল্লে। তুরেল লৈরাইদা কোম অমা হল্লগা ঐখোয় মৈ থাগৎতুনা ঙা লৌবা হৌই;অমম্বদা মৈঙাল চৎখিদনবা মনা পুঙবা উশা ময়াম কোমগী অকোয়বদা য়ুংশিল্লম্মী।

নোংমা চুপ্পা চারক্তবগী অরাম খৌরাংবা কোকহনবতা নত্তনা মথং নুমিৎশিংদসু চানবা ফজনা য়াইথোক্লবা ঙা খর খরসু ইশা ইশাগী খাউদা হাপ্পরে। মৈ শেংনা মুথৎলম্লগা লাপ্তুক চৎথোক্তুনা অকোকপা মফম অমদা ঐখোয় নোংঙানবা ঙাইরম্মী।

নোংঙানবগা ঐখোয় তুম্বীদা ঈশিং থন্না থন্না হাপ্পরগা অঙম্বা চীং হাইগৎলকই। তঙাইফদবা তাঞ্জা নত্তনা ঐখোয় চীংয়াংদা খক চৎতে, মদুমক্লা চীং লান্থোকপদা মতম শাংনা চংনবা মরমদি ওইখি। অৱাংবা চীংদোন অমা লাল্লকপদা ৱান্না হায, " ফোর,নঙ উ কাখৎলু,খুল উব্রা য়েংঙু।"

ফোরগী অশেংবা মিংদু হোলখোসৈনি, খোংজাইনি। ঐঙোন্দা মহাক্কী খৃৎলাই শিন্নরম্লগা কাখৎখিবা খুদক্তা উতোন য়ৌখি। মহাক হরাওনা মখারোমদা য়েংথরকই , " খুল লৈরে।"

" কয়া নক্লা ?" ঐনা হংখি।

" খঙদে, উবা ফংদে।"

ময়ামদু ফোরগী ফাগিদা শাওনৈ।

" অদুগা খুল লৈরে হায়রিবদি করিগী ?" ৱান্না চৈ।

" মৈখু উবগীনি অথাপ্পা মফমদা।"

" মফম কয়াদা ?"

" অহুম শুরি।"

" চুম্মি খুল লৈরবনি, মায়কৈ খঙঙু।"

" মপাসিদনি।" ফোরনা মখা মায়কৈদা খুদোম্বী থিল্লি।

ফোর কূমথরক্লে । মশা মক্লা মাঙ চিংদুনা খুল তম্না চৎপা হৌরম্মী। অমগা অমগা চাওরাক্লা লম মঙাগী চাং লাপ্পনা চৎলিবা ঐখোয় খুদিংমক নাক-য়েৎ লৈ-লৈদুনা মীকুপ-নাহুম শিংনা চৎলি। উরী-উশা মরক্তা লিৎ-লিৎতুনা চৎলবসু অতপ্পা খোঙথাংদি নত্তবনি। ফোরগী মথংদা ঐ লাপ্তুক ইল্লম্মী। তুংগী মীশিং হাইগৎলক্লবা ঙাইহাক লেপ্তুনা লৈরিঙৈদা মাঙলোমদা বুব হায়বা মখোল অমা তাবগা ঐ য়েংলুবনি। ফোর লৈরমদ্রে । ঐ পুমঙক ঙকই, তুংগী মরুপশিং নকশিল্লক্লবা খূৎ খৎলম্মী। ইনাক য়ৌশিল্লকপা সিক্সনা মমিৎ-মনা চপ য়ুংনা পাখৎনা লাউরকই, "ইস ! অসিদি !"

সিক্সকী মিৎকী মপা ইল্লুবদা ঐ খংখিবনা লৈমায়দা কিৎ ফমথৈ ; মকোক পূমতোয় তোইরবা হোলখোসৈ মখোঙ ওইদা পুনবা থৌরীদা য়ান্দুনা লৈবা উরে। মকোক্তগী ঈ অর-অর হাথরি। মহাক শাফু কনবা হায়গৎলাংদা থুখিবনি, মায়োক্লবা অচৌবা উশোই পাম্বীদা মহাক্কী কোক্লা য়ৈখিবগী খোঞ্জেলনি ঐনা তাখিবা । ঐখোয়না খুদক্তা লৌথদুনা য়েংবদা মহাক্কী থব্রায় য়াওদ্রে । ঐখোয় করি তৌগনি, মহাকপু লৈরোল চল্লম্বা নত্তনা । থৌনা ফবা হোলখোসৈ মাঙখিবদা ঐগী পুক্লিং য়াম্না শোন্থাখি , ঐখোয় লোয়নমক কপখি । মহাক্লা পায়রম্বা রাইফল শিন্ন শিন্ন পুদুনা ঐখোয় অমুক লাক্লে ।

ঐখোয় পূং অনীরোম চৎলবা তুংদা খুল অমা ফংলম্মী। ফিজেৎ য়েংলগা ৱা কাঙলুপ্লি হায়না লুচিংবনা তাকই। মখোয়না খুদক্তা চাক থোংদুনা ঐখোয়বু পীজরবসু মরুপ ওইবগী মতৌদি উদে। মরম অদুনা য়াম্না থুনা খুল থাদোক্তুনা ঐখোয় চৎলম্মী।

নুমিদাংৱাই নুমিৎ মঙাল উরক্লবদা অশুকপা উমং ওইবনা ঐখোয় মায়কৈ ঙাওরে , মথা চৎথদবনা ফরগনি খন্নদুনা নাকল অমদা ফক্লাংগুম ঙম্বা চীংমায় অমদা পোৎথারসি খন্নরে । মায়কৈ অনীদা সন্ত্রি অমমম থন্নগা ঐখোয় নিপাল হিপথরম্মী । মরুপ খরদি তূমথখ্রে । ঐগী নাতোন্দা মনম অমা ফাওরি , মদুগী চিংনবনা ঐ ফমদুনা লৈ । করিনো খল্লিঙৈদা অৱাং থংবা সন্ত্রিনা কন্না লাউরকই, " চেল্লু !"

ঐখোয়গী তুংদা পোকখাইখিবা গ্রেনেদকী অহৌবা খোঞ্জেল মতুং

ইল্লকপা নোংমৈ মখোলনা পূম্মিল নিল্লি । ঐনা মাঙ থাদুনা অঙম্বদুদা নান্থরকপনি, অদুবু য়াম্না হান্না লোক্কুং য়ৌবা য়াওরম্লে । খর চেন্থরগা অচৌবা নুঙজাও অমগী মরুম থুপ্লা লৈরুবনা ঐখোয় খুদোং থীররোই লৌনৈ, কা হেন্না নুংশা থীনবা ওইদে । ব্রান, টু, থ্রি, হায়নবদা তরা শুরে । ঐখোয় ঙম্বা মখৈ য়েক্লবশিংদগী লাপথোক্লবা অহিং চুপ্পা চৎপদা থাশিরমদাইগী থানা ঐখোয়বু মায়কৈ লেপ্পদা তেংবাংলি । চীংগী শরুক লোইরকপগা তুবেল অমনা থৎলে । তুবেল পঙচাউ চাউদ্রবসু খূৎলাই চোৎতনবা ঐখোয় য়াম্না চেকশিন্না অমম্বদুদা খূৎকা খূৎকা পায়নদুনা লোম্থোক্লে, অদুবু মখা চৎথদনা অচোৎপগী অঈংবা খাঙদুনা নোংঙানবা ঙাইবা তারে। —

" ওজা, অকনবা নুংশিৎ লাকই ।" তেশিল, পাখৎলপ অতিয়াদা য়েংখি , " নঙদি য়াম্নসু ঈংলম্লগনি ।"

"ফিসু ইন্দবা নঙনা নিংথমদনা ঐনা করম্না? " থোইবা হৌগৎলি ।

খুদক্তা থুংলবা নুংশিৎনা ফৌবোম পূম্নমক লৈ লৈদুনা পুরম্মী, ইচাই চাইখাইরে। তেশিল কোকশেৎ অমদি ফনেক শেন্নবদা ব্রাজৈ । শঙলোমদগী মপানা মথ্বায় ব্রানা কন্না কৌরকই, " ওজা, নুংশিৎ লাকই, কারক্লো।"

" ওজাগী ব্রারী কোন্না অমুক লোইশিন্দবা য়ারোই, ঙসিগীদি চঙলসি।" তেশিল থোইবাগী মাঙ থাদুনা কাখৎলি।

মরুপ ওইবম্বা থাজ মথন্তা হুন্দোক্লম্লে খন্না শাওরবগুম লৈচিল মরক্তা চঙখ্রে।

# ২৩

নুমিদাং চাক চাবা লোইদুনা তেশিল লৌ খাওবা থোক্লবা শুমাং থাবন্দা শেম শারি। শঙনুংদা মৈ য়াইদুনা পোত্থারিবা কোনাইগী মনাক্তা খুলঙ হায়বা লাকখিবা মৈত্রম্নুসু ফন্নকপা ফনা কুইরে। ফৌরক্কী অপিকপা লম্বীদা থোইবানা ঈশৈ ঙংদুনা কূমথরকপা উদুনা তেশিল য়েংলক্লস্মী।

" ওজা, ঐ নঙবু ঙাইরিবনি।"

" ঐ নঙোন্দা অয়েৎপা পীবা লাকপনি।" য়ৌশিল্লকপগা থোইবানা হায়রৈ।

" করিনো ঐঙোন্দা য়েৎকদবদি ?"

" নঙ নুমিদাংদা লৌ খাওবসি তোক্লো । নখোয়না থবক হেনমন্না শূবা উবগা ঐ পোত্থাফম খঙদে । অসিনি ঐনা হায়গে লাক্লিবা ।"

" অদু ওইরে ? ঙসিনা লোইরেদা। অদুগা ওজা, খাওদ্রবদি শোৎথহৌগদৌরিদো, অৱাবা থবক ঙাক্তদা অসুম হৈনখ্রবনিনা অমুক থোইদোকহৌদ্রেদা।"

থোইবাগী খোঞ্জেল ফাখিবা মৈত্রম্নুনা ইমুংদগী মরক থৎলকই, " ওজা, লৌবোক ছুটিসি খজিক্তং শাংনা পীরবদি অঙাংশিংনা মমা-মপাগী মতেং খর য়াম্না পাংবা ঙম্নগদবনি। পোইনুদদি উচি ফাওবা থবক শুহন্নবা মতু তরেৎ লোল্লি হায়নরিবনিদো ।"

" হোয় ইপা, নুমিৎ মঙানিগা শাংদোক্লবা খন্নখ্রে । "

" ওজাদি লৌগী থবক শূবসি য়াম্নবু হৈরল্লি, লৌপাংলকপা ইমুং

মশীং য়াল্লে ।"

" অসিবু পাংবা কৌব্রা, শূমিন্নবগী নুংঙাইবা ফংজরিবনি ।"

" ওজানা থবক শূবা উবদগী ছাত্রশিং মরম ওকপা হেল্লে হায়নৈ ।"

" ইপা, অঙাংদি পিক্লিঙৈদগী থবক শূবা তশ্নীগদবনি । অতনবা লৈহন্দবনা মখোয়গী পুন্সিদা তোংজবা কয়া ফংগনি ।"

থৌরাঙ লোয়রবা তেশিলনা হায়, " ঙসিদি ওজা নঙ লৌ খাওবা য়ারোই । নঙ থবক শূগদবা ওইরবদি ঐ চৎলরোই ।"

" অদুদি ফরবনি, নঙনা পোত্থাবদুনি ঐনা পাল্লিবা ।"

" লীশীং হায়রবসু য়াররোই, থাঙ্গোল লোৎখ্রবনি ; ঐ চৎলে ।"

" হাই তেশিল, " মপানা লাউরকখি," নঙগী ওজাবু পুগদৌরিব্রা ?"

" মাগী থাঙ্গোল য়াওদে ।"

থোইবা থোঙদা মঙক লিংশিল্লগা হায়, " ইপাখোয় ফম্নীহৌখো, মথন্তা নুংঙাইররোই ।"

লৌখাওফম য়ৌরকপগা থোইবা নুঙজাও অমগী মথক্তা ফম্লে । থাবন্দা ওনখৎতুনা তেশিল কোকশেৎ শেম্লম্মী ।

" ওজা করি এঞ্জাং চারকই ?"

" মাক্লংগী ঙা, কবো হঙ্গাম ।"

" অহাওবা এঞ্জাং পীজেকো, ঐখোয়না ঙমদবা । মেরনগীদি লৌশঙসু চাউবনি, লেকফম ফবনি । ফিসু মরাং কাইরমগনি ।"

" মৈ য়াইরগা তৃম্বা ওম্হোক্লা নুংঙাইখ্রে, নিংথম্বা ফাওদে ।"

" অদুদি ওজা, হৌজিক মৈ থাদবনা নিংথম্বা ফনবা ৱারী হৌরো, নহালগী মখাদু।"

হৈনিংনা লৈরম্বগুম থোইবা ঙাইহাক নিংশিংলগা ৱারী হৌই ।

— নোংঙানবগা ঐখোয় তুরেলবু ওইওইননা ঈচেল হন্থনা লাক্লম্মী । পূং অমরোম চৎলবা তুংদা চীং অমুক কাখৎপা হৌরে। নুমিৎ হুম্মি চুপ্পা চীংলোন মথং মথং লাল্লকখিবা শাংলবা লম্বীদু খুল অমত্তসু থেংনখিদে । চানবা পোৎ ফংলক্ত্রবদা থৎতুনা চাখিবা উনাশিংগী মনুংদা

ফৈজা , লাইবকণ্ডৌ, উয়াংকল, য়েম্লুম, উথুম, তরুংনচিংবনি। মরক মরক্তা ফংবা উথাংজিং, হৈবোং অমদি থাংদূপ্পা মরুওইবা চিঞ্জাক ওইখি । মদুনা অরাম খৌরাংবা মপূং ফানা নমথবদি ঙমলক্ত্রে, খোঙ থাংবা ব্রানরবা মতমদুদা উরুম অমদা পোত্থারম্মী । খন্নফম খঙদ্রবনিনা খোইশাওননা তুমিন তুমিন লৈনৈ । তেন্না মপা অমদা য়েংলগা চৎখিবদু কনানসু থৌশানখিদে । অদুবু মহাক্লা ঐখোয লাক্লবা কৌরকই । মরম খঙনিংবদগী নুংশা থীবনা হেন্না ঐখোয় চেনশিল্লম্মী । মীরেপ্তুগী হেন্না ব্রাংবা মৈ চাকখ্রবা উকক অমদা মহাক খূদোম্বী থিন্দুনা ঐখোযবু য়েংহন্নবা হোৎনৈ, খুল নক্লা লৈরে হায়বনি। খুল ফংবগী ব্রাখল লাকপদা পাঙ্গলসু থুংলরে, ঐখোয় মায়কৈ মরি য়েংনা য়েংনা চৎপা হৌই। মফম খঙহৌদনা খুল নকশিল্লুগনি হায়বগী অকিবসু য়াওনরি ।

চীংশাং নাপোম অমা লান্থোকপগা মশা নোয়রবা চীংমায় অমদা ইনা কুপ্পা অনেম্বা যূম ময়াম অমা নুংশা য়াইবগুম লৈবা উরে । ব্রাচেৎনা ফোপ হাবা যূমশিংদুগী অকোয়বদা উশাংনা শম্বল খানৈ । ঐখোয় চেকশিন্না খূনয়া য়ৌরবদা খোংনাং বত অমগী মরুমদা লেপ্পগা ঙাইহাক ইরাং য়েংলম্মী । মতাই থংবা যূমদগী নুপা অমা থোরকপা উবদা ব্রান্না মখূৎ খৎতুনা কৌই । নুপা অদুগী ফিজেৎ য়েংলগা শান নত্তে, ব্রা নত্তে, খোংজাইগী কাঙলূপ্পি হায়বা খঙলে । পরপ পরপ লাকখিবা নুপা অদুনা লাপ্তুক হংলকখি, “ অমুক হল্লক্লব্রা ?”

নুপা অদুগী ব্রারোল ভাব তাবা ঙমদবনা ঐখোয় অমগা অমগা য়েংনৈ । মহাক্লা অমুকসু হায়, “নোংচুপলোমদা চৎখ্রগা করম্না অসোমদগী অমুক ফাওরক্লিবনো ?”

“ কনানো চৎখ্রিবদু ?” ব্রাখল অমা লাকপদগী ঐনা হংঙি ।

“ ও,নখোয় অতোপ্পা কাঙবু ওইরমাল্লে ।” নুপাদু শকফম হঞ্জিনখি । “ নখোয়না য়েবোরা ? ”

ব্রান মঙক নোম্মি ।

“ বর্মা সিফাইশিং চৎখিবা কয়াম কুইরে ?”

“ ঙরাং নুংথিল চৎখিবনি ।”

“ কদোমদা ?”

" নোংচুপ পাংখি ।"

" করি হংলম্মি ?"

" লম্বী হংলম্মি, অমুক্তা লাকখিদ্রিবা কাঙবু ওইরমাল্লে ।"

" অতৈদি ?"

" মখোয়গীদি য়েবো লাক্লম্ব্রা হায়বসিমঙাই ।"

" মখোয় কয়ানো ?"

" কুন্থ্রানি ।"

" য়াম্না ফরে নহাক্কা থেংনবা, ঐখোয়বু চাক খজিক্তং পীজবীয়ু ।"

" করিগী পীজদনি, নখোয়গী অব্বাবা খঙঙি ।"

নুপা অদুনা ঐখোয়বু ময়ূমদা পুশিল্লে । অচৌবা অয়াইবা ঙা থোংদুনা ঐখোয়বু নুংশিনা পীজে । য়ু পুথোরকই, অদুবু ঐখোয় কনা অমত্তসু শোক্লদে । মশক উরমদবা নুপীশিং তপ্না তপ্না থোক্লরক্লে ।

" ঙাশিংসি কদাইদগী ফংবগে ?" ঐগী খঙনিংবা লৈ ।

" তুরেল অচৌবদগী ফারকপনি ।" য়ূম্বুনা তাক্লকই ।

মখোয়না তুরেল অচৌবা হায়বসি নিংথিবুনি, পন্থুংফম নকশিল্লক্লে খল্লুরগা ঐগী অব্বাবা ময়েং খরদি হন্থরক্লে ।

চাক চাবা তোকপগা ঐখোয় খুন্দু থাদোক্লল্লে । বর্মা সিফাইশিংনা চৎখিবা লম্বী থৈদুনা নুপা অমনা ঐখোয়বু য়াম্না লাপ্না থিন্দোরকখি ।

উজাউ কুংনা হৌবা তম্পাক্কী উমং অমা ফাওদুনা চৎলবা তুংদা ফজরবা পাৎ অমা থেংনখি । মফম অদুদা ঙাইহাক পোত্থারিঙৈদা ব্বান্না হায়, " নুমিৎ হুম্নিগী লম্বীতা ঙাইশিল্লক্লে হুল্লেন য়ৌগদবা । মরক্তা ঐখোয়বু ওকপা মী লৈরম্বসু য়াই ।"

ঐখোয়গী থৌনা চাউখৎলকই, চৎপগী চাং হেন্না য়াঙখৎনরকখি । খর কোকপা তম্পাক্কী লম থৈনবা সনা খোংনাং অমগী উরুমদা ঐখোয় নুংশাগী মৈশা খাঙদুনা ব্বা খন্নরম্মী । ঐখোয় পূম্নমক শকফম ওন্না হকচাং ময়েং তানরে । নোক্লক্তবা মতম কুইরে। সেবেন্দি অকোকপা লম্বীদুদা চৎসি, য়েক্লবা থেংনরবসু কাপখাইনসি তোয়না হায়, মহাকপু থেম্বগী থবকসি ঐনা তৌই । লুচিংবনা চৈবা ঙাঙবা লেপ্তে ।

" ঐখোয় চেকশিন্দবা য়াদবনি, মী মাঙবা য়াদে, তেক্ত-কাইদনা

পন্থুংফম য়ৌসি।"

তরামরিনিশুবা নুমিৎকী নুংথিন্দা ঐখোয় ঈচেল কনবা অপাকপা তুরেল অমা লান্নবা শেম শাবা লোইবে । অকংবা উকক তরানা খাবক লাক্কুনা শেম্বা পোঙগী মথক্তা রবর খাওনা চেকশিন্না য়োম্লবা নোংমৈ তরামাথোই হাপকৎলগা ঐখোয় তুরেল কূমথবে। ঈরোইবা ফজনা হৈবা ঐখোয মরিগী খ্বাংদা পুনবা উরীনা পোঙ চিংলিবনি । ঈয়াই য়ৌরকপদা ঈবোইবা হৈফাত্তবা অনীদি পোঙগী মতেং লৌদুনা মথরায কন্নবা হোৎনবকই। মতম অসিমক্তা তুংলোমদগী নোংমৈ কাপ্লকপগী খোঞ্জেল তাখি । নোংমৈ মরূ ঐখোযগী নাক- য়েৎতা তাববা যাওরে, অসুম কুংশিল্লকখি । মিপাইবনা তুংদগী খবদি লাউ-খোংনরকপসু য়াওই। ঐখোয লৈজবী পাঙ্গল ফুদোক্কুনা ঈরোইবম্মী । পোঙ পায়দুনা য়াল্লকখিবা নাইন লূপখ্রে। মদু উবদা ব্রান্না লাউরকই, " টু, নঙ তেনগা লোয়ননা খূৎলাই য়াওনা থুনা লান্থোকখো, যেক্লবা থিংদ্রবদি ঐখোয় কনাসু তোর্বান য়ৌববোই ।"

খ্বাংগী থৌবী থাদোক্কুনা তেনগা ঐখোয অনী ঈশিং চঙদবা খাউনা য়োম্লবা নোংমৈ অমমম পোশিল্লগা কন্না ঈরোইরম্মী । তোর্বান কাখৎলকপদা উরে নোংমৈ কাপ কাপ্তুনা চেল্লকখিবা বর্মা সিফাই মশিং কুন্দগী তারোই । মখোয়না ঐখোয়বু শেংনা উবা অহাঙবদগী কাপ্লম্লবদি অমত্তসু হিংলম্লরোই । তেন্দা ঐনা চেকশিন্না অমসুং লিক্লা কাপ্লবা হায়রম্মী ।

ঐখোয় অনীনা নুঙজাউ অমমমগী মরুম থুপ্তুনা য়েক্লববু থিংবা হোৎনৈ, লোয়ননা ঐনা হন্না হন্না লাউখি, " চেকশিন্না কাখৎলকউ ।"

উচিন নাচিন ঐখোয়গী মী মঙা খূৎলাইগা কোন্ননা নুঙজাউ মরুমদা থুপ্লরে । অহুমদি লৈহৌরবনি । ব্রান্না হায়, " ঐখোয় চেন্দবা য়ারোই । য়েক্লবশিং চাইথোকখ্রে, তুরেল লান্থোক্লগা ঐখোয়বু থৎনবা হোৎনগদৌরি ।"

ঐসু ব্রাফমদু য়ানিংনা হায়খি, " অনী অনী লান্থোক্লবা হোৎনসি । চেনগদবসি কোবর ফায়রদনি ।"

য়েক্লবশিংনা ঐখোয় লেঙদনবা নুংশিৎমুক কুঙনা কাপশিল্লকখি ।

ৱান্না লাউরকই, " টু, তেন চেল্লু ।"

ঐ তেনগা নারক্তা শিৎতুনা, ওন্দুনা চোংদুনা চেল্লি । অচৌবা উখোং অমদা থুংলুবগা নোংমৈ অমুক কাপ্লম্মী । কুইদে, ৱানগা থ্রিগসু ঐখোয়গী লৈফম য়ৌরকখিবা। ঐখোয় মরিনা কন্না কাপ্লিঙৈদা চেল্লকখিবা মখোয় অহুমগী মনুংদা সেবেন তুখ্রে, মহাক ইরক্তা থরো থরো ওল্লি । ঐনা মাবু চিংখৎলুনবা চেনশিনগে তৌবদা ৱান্না খামখি । সেবেন হৌগৎখ্রে, ওইগী মখোঙ চিং চিংদুনা য়েক্লবরোমদা ওনশিনখি, য়াম্না ৱানা নোংমৈ কাপ্লি, অদুবু লাউরকই, " নখোয় চেলহৌরো ।"

ঐ হৌগৎতুনা চেনবা ঙমদ্রে, অদুবু ৱান অমসুং থ্রি ফনা য়াম্না লাপথোকখ্রে । সেবেনগী মশাদা পানখিবা মরূ মশীং খঙদ্রবনি, মহাক তোর্বান্দা তুখ্রে । হান্নগী মতৌগুম অনী অনী লান্থোক্লবীদা ফাইব অমসুং সিক্স চেলহনখ্রে । মখোয়না কৌরকপদগী ঐ তেনগা লোয়ননা কন্না চেল্লকখি ।

য়েৎলোমদগী তুরেল লান্থোক্লবা য়েক্লবগী কাঙলূপ্না নোংমৈ কাপশিল্লক্লবসু কুংনা হৌবা উগী মতেংনা ঐখোয় তরুক নান্থোকপদা লাইনা থোক্লম্মী । ঐখোয় য়াম্না শাংনা চেল্লক্লবা তুংদা য়েক্লবগী নোংমৈ মখোল তাখিদ্রে । য়েংফম ফবা অতোংবা খন্দুনা পোত্থানবা ঐখোয় ফমথরম্মী । ঐখোয়গী মরক্তা ঈ তাদবা অমত্তা য়াওরমদে । অশোকপা মফম থিনবদা কনগীসু খুদোং থীনিঙাই ওইদে, মরূনা খেৎতুনা চৎখিবা অমদি হুবাৎ তক ফাৎপনি । ঐগীদি ওইথংবা পাম্বোমগী শাদোং খর ফকখ্রে । হীদাক হাপ্তুনা বেন্দেজ চেৎনা পুনশিনবা লোইরবদা ঐখোয় চৎপা অমুক হৌরে ।

" হৌজিক মায়কৈ চুম্না চৎলিব্রা ?" ফাইবনা হংলকপনি ।

" চুল্লি,মরমদি মেরা থাগী তারমদাই নুমিৎকা মায়োক্লরি ।"ঐনা হায় ।

" ঐখোয় তরুক্কী মরূ লৈত্রবগুম্বনি ।"

" ঐখোয়গী মরূ লেম্মা মাঙখিদে , মখোয়গী মশীং য়াম্না হন্থরমগনি।" সিক্স ফল্লপ ঙাঙলি ।

" পন্থুংফম নকশিল্লক্লবা মতমসিদদি ঐখোয় নুংথিল পোত্থারগা

নুমিদাংদা চৎসি।" ৱান চেকশিনবা থাদে ।

অরাম্বা খাঙবগী ৱাকৎ তোয়বা সিক্সনা শোল্লি, " চাবা ফংদবসিনি লুরিবা ।"

" মদু অহৌবদগী লুরকখ্রবা ৱাফম্নি, হৌজিক্তি চীংগী খুল থিবদা অৱাবা ওইররোই।"

ঐখোয় শাংনা চৎত্রে, নুমিৎ তাখিবা ঙাইদুনা লৈরে ।

লম্বী লৈতবা জঙ্গলদা, অমম্বা অহিংদা শাংনা চৎপা ঙম্বা হৌনদে। লী, উরী, থাঙদৃপ অমসুং লম-কেতুকী লিৎতুনা চৎপা মফম কয়াসু য়াওরি । হল্লকপা থাখাই অমগী উমংগী লম্বীদা মখল কয়াগী শা, লিন, উচেক্লচিংবা তমথীবা জীবা মখল মখল থেংনরক্লবসু কা হেন্না অৱাবা পীরকখিবদি য়াওখিদ্রি । নোংলৈ নুংশিৎ খাঙনবা হোৎনবদা ঐখোয় খুদিংমক লম্মাংনখিবা, ফাইবনা থুমখোংদা তাশিনখ্রবদা কন্নবা হোৎনবগী অকি-অখং, মিপাই-থাবাইবা খর থেংনখিদবদি নত্তে। অদুবু অহিং অদুগী অকিবগী শক্লোন ইতোপ তোপ্লি; থৈফম লৈতবা তকবা লোক মপান্দা লমশল অমনা ঐখোয়বু থৎতুনা লৈরে । মাগী তমথীবা মতৌদা ঐখোয় উথক্তুগী কৃমথবা ঙম্নদ্রে । নোংয়াই লাল্লক্লবা মতমদা ফাইবনা হায়, " নোংঙানবা ফাওবা অসুম্না ঐখোয়বু চৎহন্দনা থম্লবদি ফররোই, উথক্তা কয়া কুইনা লৈবা ঙমগনি, খুদোংথীবা হেল্লক্কদবতনি ।"

" ঐখোয়না উথক্তা খাঙলক্লিবসি পূং অমরোম ফারে। মা ঐখোয়বু থাদোকপগী ৱাফম লৈতে। " তেনসু খাঙঙম্লক্রে।

" অদুদি করি তৌসিগে ?" ঐগীসু মখোয়গা মান্নবা ৱাখলনি ।

" কাপ্লসি ।" থ্রিনা হায়।

" ফরে, ফাইবকা তেনগা নখোয় অনীগী উফৈদু মফম চানা উই, চপ মান্ননা অমুক্তদা কাপখ্রো ।" ৱান য়ারে ।

ফাইব অমসুং তেন য়াম্না হৈনা থবক পাঙথোকখি, মশাদা নোংমৈ মরু অনী চঙখ্রবা লমশল লাপ্লা চেনবা ঙমদনা তুখ্রে । নোংমৈ কাপখ্রবনিনা ঐখোয় খর হেন্না চেকশিন্না অমুক চৎপা হৌখি । অদুবু ইকুই-কুইদনা নোংঙানবগী খুদম লাক্লবদা চৎপা লেপ্লবা পনফম য়েংবা হৌরম্মী । ইঙক ঙক্লা থোকখিবা ৱাফম অমদি খাওদোক্তুনা থম্বা অঙনফৌ লৌফম অমা

য়াম্না নক্লা ঐখোয়গী মাঙদা উখিবদুনি । খুল নক্লা লৈরম্লগনি, চান থক্লবা শিলহনবদা অকায়বা লৈররোইদ্রা য়েংখিসি খন্নদুনা অশোংবা মরুম অমদা ঐখোয় তরুক ফম্লম্মী ।

নুংশা থোরকপগা খুঞ্জা নুপা-নুপী ময়াম মরী-মরী লৌ তম্না লাকই, মখোয়না পুরকখিবা পোৎশিংদুনা লৌ য়ৈগদৌরি তাক্লে । অচৌবা চফু অমমম নুপী অহুম্না মকোক্তগী লৌগী ময়াই ওইনা থারে, মদুগী ময়াদা লৈরঙ শেমদুনা মৈ থাগৎখ্রে । মখোয় চাক থোঙ্গৎপা হৌখ্রবনি ।

তরঙদা হোঞ্জিল্লকখিবা ফৌবোমশিং নুপা নুপী ময়াম ইকোয় কোয়না লেপ্লগা য়ৈবা হৌখ্রে । মতম অদু ফাওবা ঐখোয় লেঙদনা ফম্লি । লৌবুক্তা থবক শূরিবা খুঞ্জা মশীং নুপা-নুপী পুন্না কুন্থ্রানিপালনি । পূং অমরোম য়ৈরবা তুংদা ময়ামদু ইকোয কোয়না ফম্লগা পোত্থানখ্রে । অচৌবা চফু অনীদগী ব্রাগী উতোংশিংদা খাইদোক্লবা মুম নহা ওইরিবী নুপীশিংনা য়েনবা হৌই । মদু উবদা তেন্না হায, " ঐখোয় চঙলসি, চাক পীজৌ হায়রুসি।"

মতম অদু ঙাইরম্বনিনা তেনগী ব্রাফমদু য়ানৈ, ঐখোয় নারক্তগী থোক্লে । খুঞ্জাশিং য়াম্না ঙক্লা ঐখোয়দা য়েংলকখি, অদুবু মখোয়দা অকিবা অমদি হৈনদবগী মতৌদি উদে । অহল অমা চেল্লক্লগা ওক্লে । খরনসু লাউরকই, " লাও, পোত্থারো য়াম্না ব্রারম্লগনি।"

" ঐখোয় য়াম্না লাম্লে ।" ব্রান্না অহলদা হায়জে , " চাক খর পীজবীয়ু ।"

" করিগী পীজরোই, থোংলিবসি লোইরগা চামিন্নসি ।" অহলগী মিৎয়েং মীনুংশি চেল্লি ।

" ঈশিং খজিক্তং থকচগে ।" ফাইবনা নিখি ।

" ঈশিংসু থকউ, খজিসু থকউ । চাক চাদ্রিঙৈদা অরাম্বা কোক্লবা মুম খর খর চারো।" অহল অমসু তরাম্না হৌগৎলক্তুনা কৌশিনবা য়াওই ।

" ইপাখোয়গী খুল কয়া লাপ্লগে ?" ব্রান ফমদ্রিঙৈদা মায়কৈ থুংনা লৈদুনা য়েংলম্মী ।

" চীংসিগী ব্রাংমদনি, লাপ্তেদা ।"

" ঐখোয় ইপাখোয়গা লৈমিন্নবা ফরোই ।"

" করিসু কায়দে । চিংনগনু, নখোয় য়েবোনি হায়বা ঐখোয় খঙঙি, য়েক্লবা লাক্লোই মুম খজিদুম চাও ।"

নুপী অমনা মথং মথং পীরকপা উতোং অমমম পায়নদুনা ঐখোয় মুম খজি চানবা খুঞ্জা মরক্তা ফমথরে । য়াম্না হাওনা থোকখিবনা খুদক্তা মুম লোইশিন্নে । খজি হায়বসিমক্তবু ৱাইয়ুদগী হেন্না চম্বনি । মরম অদুনা ঐখোয় চাবদা খান্নদে । নুপী অমনা অনৌবা উতোং অমমমসু পীরক্লে ।

ঐ ৱারী শানিংলকই, হৌবনবু হানখি , " ইপা করিগুম্বদা য়েবোশিং উখ্রব্রা ?"

" নখোয়গুম্না চাবা ফংদ্রবা মরি ঐখোয়না কনখ্রবনি ।"

" খুলসিদা বর্মা সিফাইদি লাকপ্রা ?"

" তোয়না লাকই । নুমিৎ নীনি হুম্নি লৈরম্বসু য়াওই ।"

" ঐখোয়বুসু লৈহনগদ্রা ?"

" চহী অমা লৈগেরা ?"

ময়াম ৱা ৱা নোক্লম্মী ।

" থোংলিবা এঞ্জাংদি করিনো ?" তেন নাকন্দগী য়াওশিল্লকই ।

" শজি অকংবা চগেম্নি । হৈনদব্রা ?"

" য়াম্না হাওগনি, অদুবু অসিদগী হেন্না হাওগদবা অতেকপা অচৌবা অমা আদা লৈহৌরে ।"

" করিনো, কদাইদা ?"

পাখং অহুম অচুম্বরা খঙনিংবগুম মুন্না য়েংঙি । ঐ তেনবু খামসিরা খনবনি, নংহৌদ্রে । মহাক মমায় মমিৎ পুমঙাং ঙাংনা নিশা কাবা উই ; খুদোম্বী থিন্দুনা তাকখি, " উমংসিগী ময়াইদা ।"

" এ ! চুম্মি অহিংদা নোংমৈ মখোল তাখি ।" অহল অমসু থৱায় য়াওবা হেল্লকই, " নখোয়না হাৎলম্ব্রা ?"

ফি লিক্লা শেৎপা খুঞ্জাশিংদু ইকাইবা শরুক কন্নরক্লে, পূম্নমক হরাওনৈ । অহলগী ৱাহং পাউখুম ৱান্না পীফম থোকই খন্না ঐনা মঙোন্দা য়েংলিঙৈদা তেন চাউতক হায়রকই," অচৌবা লমশল ঐনা কাপ্লম্বনি, তাক্লে লাও, মফৈ অমা কক্লগা পুরকসি, হৌজিক চাথোকসি । " মশা

নোম্বতা নত্তনা মহাক মখূৎ-মশা য়াওরকই, খুলগী পাখং অমবুসু চিংখৎলম্মী, “ লাও, ঐখোয়সু য়াম্না চানিংলিবনি ।”

তেন মখোঙ থাংবা হৌরকপদা ৱান্না হায়, “ মফমখক্তা তাক্লন্নগা য়াম্না থুনা হল্লক্কদবনি। শা পুরকপা য়াওগনু।”

“ মথন্তা চৎপা নুংঙাইরোই ।” ঐবু ৱাখল অমনা চিংখৎখি, “ লম্বীদু ফনা য়াম্না শাংখ্রবনি ।”

“ খর থুরকউ নখোয়বু চাক চামিন্ননবা ঙাইরমগদৌরিবনি ।” ৱান খাম্নিংলম্বা ৱাখল কোমথোকখি,“ খূৎলাই লোয়নৌ।”

খুলগী পাখং মরি ঐখোয়গী তুং ইল্লকই । কবিনো ঐ লম্বী তঙ্খাই চল্লকপদগী লেঙনিংলক্স্রে, নোক্লিংলকই, অৱাবা পূম্নমক ঐঙোন্দগী পূল্লপ মাঙখ্রবগুম তৌই , ইশৈসু ঙংখি । খোঙকাপ খর চৎলবা তুংদদি উশিংনা মাঙদা চেনবগুম তৌরে । ঐ নিংশিংলক্লে , মখোয়গী মুম খজিগী অকনবা নিশা পাল্লে , অদুক য়াম্না মযাই কল্লমগনি হায়বা নিংলুদবনি। চাক লাম্মনখিবা অদুনসু ওইবা য়াই খন্না চৎপদি লেপ্তে, অদুবু তেনবুদি পাখং অনীনা শম্বা হৌরে ।

ফৈনা তুদুনা লৈরম্বা অচৌবা লমশল থেংনরে , মঙদা উবগুম্বনি।

ঐনা জ্ঞান তারকপদা ঐগী মরুপ নহা তেন নাকন্দা অশিবগুম তারম্মী। শুরুংগা পাংখক ওইরবা লোক্লুংদুদা ঐ মঙলা তাইবংলা মফম খঙদনা ঙাইহাক লৈ, তেনবু মশা নোমদুনা হৌদোকই। উনা মরক্তা হুৎতুনা লাকপা নুমিৎকী মঙালনা ঐঙোন্দা নিংশিংবা পুরক্লে । তেনগী মনম কোক্ত্রি, অদুবু মশা লেংবদি হৌরকই। ঙক্লিবসি অশুকপা লোক্লুংদুদা ঐখোয়বু করিগীদমক থম্লম্লিবনো হায়বসিনি । তেন মমিৎ পাঙথোরকপগা ঐঙোন্দা ঙক্লা য়েংখি । মথক্লোমদা মী খর লাকপগী খোঞ্জেল তাদুনা মাবু ৱা ঙাঙবা লেপহল্লগা ঐনা লৈরাই কাখৎতুনা লোন্না য়েংলুবদা খুলগী পাখং অনী উরে । মখোয় ঐখোয়গী লৈফমদা শিৎথরকখি, নুংঙাইতবা মায়থোং লোয়নরক্লি ।

“ নখোয় অনী লাইবক ফরবনি।” অমনা হায়রকই, “ নাম্থোকহৌরেদো ।”

“ কনাদগী ? কৈদৌরবগে ?” ঐ ঙকপদগী চিংনবনা হেনখি,

" নখোয়না ঐখোয়বু মফমসিদা লোৎলম্না ?"

" উম, লোৎলম্বনি। নৎলমদ্রবদি নখোয়সু মখোয়গী খূৎতা তারমগনি।"

" কনা মখোয়?"

" য়েক্লবগী। বর্মা সিফাইশিং শা তুফম য়ৌরক্লম্লবনি।"

" ঐখোয়গী মী মরিদি, লৌয়ৈফমদা লৈহৌবদু ?"

" ফাখ্রে।"

" মুন্না অমুক্তং হায়যু।"

" নখোয় অনীদি মফম অসি য়ৌরকপগা তুখ্রে। ঐখোয়না শা লেনবা হোৎনরিঙৈদা নুপা অমা চেল্লক্কুনা বর্মা সিফাইশিংনা নখোয়গী মী মরি ফাহৌরে হায়না তল্লে। চেকশিন থৌরাংদা নখোয় অনীবু মফম অসিদা ঐখোয়না থৈদোক্কুনা থমখিবনি খুলগী মীশিংনা শা হাৎপগী পাউ তল্লবসু নখোয় অনী চৎখি হায়বদি তাকখিদে। ফারবা মখোয় মবিবু জ্ঞান তারকপা মতমদা ব্রাহং-পাউহং চৎথবদসু মখোয় মরিদগী হেন্না খুলসিদা লাকখিদে হায়না খুমখিবনি। অদুবু সিফাইশিংদু চিংনবদগী শা তুফমসিদা লাক্লগা য়েংলম্মী।"

" মখোয় মরিদি করি থোকখ্রে ? হাৎখ্রব্রা ?"

" অমত্তা হাৎতে, থীনদি ফুখ্রে। নিশানা ব্রান্থরিঙৈদা সিফাইশিংদুনা পুল্লগা থমখ্রবনি। হৌজিক মখোয়বু পুখিনবা থৌরাং লোইহৌরে। মরকসিদা নখোয় লাক্কদ্রা থব্রায় ব্রাবদগী ঐখোয় লোন্না চেল্লকপনি। নখোয়বু কল্লি খঙখিবদা সিফাইশিংদুনা খুল তুম্না মৈ থারম্না শোয়দ্রে।"

" সিফাই কয়ানো ?"

" কুন্দগী তারোই, নখোয় অনীগা লাম্না য়ারোই।" ঐখোয়না লৌদা থোংবা চাক মখোয়না তঙ্খাই চাখ্রে। মখোয় হয়েং তুরেল অচৌবা য়ৌনবা চৎকনি হায়নবা তায়।"

মুন্না তারম্না তেন স্বর শাংনা হোল্লি, ঐঙোন্দা কক্লিংনা য়েংঙি, " মখোয়বু কন্নবা করি উপায় লৈরি ?"

ঐ ইপঙ পঙশিল্লি, অব্রাবা মপান থোকখি, " ওন্থোপনি ! ঐখোয়গী খোঙচৎ !"

নুপা অনীদু চপ মান্নবা শাগৎলক্লে, " নখোয়না কনবা ওইথোক্তে। নশাবু খুদোং থীবদা তাদনবা হোৎনসি। হৌজিক ঐখোয়না চাক এঞ্জাং পুরকই, অসি চারগা চৎখ্রো।"

" তুরেল অচৌবদি মফমসিদগী কয়া লাপথিগনি ? ঐগী ব্রাখন্দা নক্লম্লগনি খল্লি।"

" ঙসি নুমিদাং চুপ্পা অকোকপা লম্বীদা চৎলবদি হয়েং অয়ুক ঙন্তা তুরেল থুংগনি।"

মরুপ মরি ফাখিবগী নুংঙাইতবনা ঐখোয় চানিংবদি ফাওদ্রবনি, অদুবু পাঙ্গলগীদমক খল্লুরগা মখোয়গী চাক্লু চারে। চাবা তোকপগা মখোয়না তাকপা লম্বী ইন্দুনা ঐখোয় লাইবক য়েংলকখি। ঐখোয় অনী চিংনবা অমদি অকিবা লৈতনা লেপ্তুনা লাকই, নোংঙাল্লকপগা নিংথি তুরেল য়ৌরে ;পন্থুংফম য়ৌরবগুম হরাওই। নোংমা পুরা চৎলবা তুংদা হুম্লেন থুংলে। ওক্লম্বা পাখং অহুম্না ঐখোয় অনীবু অঙ্গো চীংখোঙদা লৈবা খুল অমদা পুরকখি। মফম অদুদা ঐখোয়গী মী মরিফু লৈরম্মী ! মখোয় মী তরানিথোইগী খোঙচৎ ব্রারী তারগা য়াম্না নুংঙাইনখিদে। লৈখিদ্রবশিংগীদমক অব্রাবা ফোংদোক্লুনা মিনিট অনী তুমিন লৈখি। ঐখোয় অনীবুদি থৌনা লৈবনি হায়না শীংথাবী।

লুচিংবনা হায়, " থোইবা নঙবু থাগৎলি "

ঐ হরাওবা উৎপা ঙমদে ," লাইবক ফবা হায়বদুনি।"

" অদুবু থোইবা , নঙবু পাউ অসিনা ব্রাহনগনি খঙলবসু তমদবদি য়াদ্রে।" লুচিংবা অব্রাবদা শরুক য়াবগুম মায়থোং মকই ," গুরু লৈখিদ্রে, চহী অমরোম ফারে।"

ঐ শৌবীং লাউই, খোঞ্জেল নিকখি, " করম্মা ?"

" নারগা শিখিবনি। ঐখোয়না লায়েংবা কন্না হোৎনৈ। মৈতৈ খুঙ্গংগী মীশিংনা য়াম্না লুনা সেবা তৌখি। কনবা ঙমখিদ্রে। ধর্মগী হৌনবী পূম্নমক মৈতৈশিংনা পাঙথোকখ্রবনি।"

নোংঙানবগা ঐ গুরুগী হকচাংনা উৎ ওন্দুনা মালেমদা তিনখিফমদুদা চৎলম্মী। ঐ খাম্বা ঙমদনা কুইনা কপখি , সংসারসি ইহাং হাংনা উখি। হেন্না হেন্না মায়থীরবা মীগুম ফুম্বঙনৈ। অহিংদু চাক চাদে,

তূমদনা ৱাখল তৌই । গুরুনা হায়রকপগুম তায় - ‘ থোইবা , নঙগী খোঙথাং শোয়রে, নঙ খূৎলাই পায়রগা মীওইবগী সেবা তৌগদবা মীশক নত্তে, খাঙবা কনবগা লোয়ননা মীনুংশি অমদি কৎথোকপদা মায় ওনশিল্লু । নঙ মদুদগী তুং কোয়বা অপেনবা ফংগনি ।’ ইমা-ইপা মাঙদা তোয়না লেপ্লে ইচল নুপী তত্ত না নিংশিংঙি, হেমানদি করেম্নদুনা নোক্লরি। ঐগী ৱাখল অসুম অসুম লূমথরকখি । গুরুনা লমজিংদ্রবদা করম্না চৎসিগে,ঐগী পুন্সি ককঙাওনগদৌরি । ঐ খাঙফম খঙদনা ৱারম্মী । অদুবু মমৈথংদা ঐঙোন্দা নিংশিংবা অমা লাকখি — শিষ্য পূম্নমক গুরু কায়নরিবনি ।

নোংঙানবগা ঐখোয় তরামাথোই অঙ্গোচীং লান্দুনা থোংঙদেন পাংলকখি । নিনিসুবা নুমিৎতা মংসা থুংলে । মণিপুরদগী মী গুরুগী খোঙ্গুল লীরক্লে হায়বা পাউ ফংবদগী ওকপা চৎলুবনি । অৱাবদি মখোয় লৈরমদ্রে, গুরু লৈখিদ্রে তাবদগী নিংবা কায়না মণিপুরদা হনখিবগী পাউ তল্লকই । ফিভম অদুমক্তা কোন্দোংদগী পাখং য়াঙ্খে অমসু ক্কাথারোমদা থোকখিবগী অশেংবা পাউ পুরক্লে । ঐ নিংবা কায়বনা খোইশাওনৈ । মতম অদুদা ময়ামগী লুচিংবনা ঐবু তোঙানবা মফম অমদা ৱারী শানবা কৌরম্মী ।

“ থোইবা, নঙগী অপাম্বতা তৌ, ঐ অথিংবা পীরোই ; ঐখোয়গী ইরক্তা য়াওখিগেরা, মণিপুরদা হনখ্রগেরা ?”

ঐ মুন্না খনখি, হায়দোকপসু থুখি, “ ঐ গুরগী শিষ্য অমা ওইনা ময়ামগা পূন্না থবক তৌজখিগে ।”

য়েবো অমা ওইনা ঐ চোংশিল্লে, অনৌবা য়াওলগী ইহৌদা পুন্সি কৎনবা লেপ্লে । মণিপুরগা তায়নবা লমদমদা থা অমরোম ফারে লৈরকপা । নিংথমথা মপুং ওইরক্লবদা ঐখোয় অঙ্গোচীং ৱাংমদা অমুক লৈফম হোংলম্মী । খুদোংথীবদগী ঙাকথোক্লবা ঐখোয় কাঙলূপ কাঙলূপ খাইদোক্লবদা ঐবু কেপ্তেন ফম পীবগা লোয়ননা মী কুন্থ্রাগী লুচিংবা ওইনা নিংথি তুরেল মপানগী লমশিংদা লৈহল্লম্মী। ঐখোয়গী অশেংবা লোৎফম্না অঙ্গোচীংনি ।

নোংমা ঐখোয় তরানিথোই ঙারতাঙেত অমসুং এঙ্গেমু অনীগী মরক্তা নিংথি তুরেল নক্লা তাবা মৈতৈ খুন্নৌ অমদা লাকখি। মফম অদুদা

লৈবা তম্ফা কৌবা নুপা অমগা ঐগা হান্নদগী শকখঙনৈ। মহাক ঐবু কাঙলুপ তিন্নবগীদমক লুনা তৌবগী মথক্তা ঐখোয়গী ঈহৌবু পুক্লিং য়াম্না থৌগৎপা মীশক অমসু ওই। মখোয়গী খুন্দা লেকপা অহিংদু ঐখোয় অনী মহাক্কী য়ূমদা ৱারী কুইনা শানখি।

মথং অয়ুক্তা খুড়া তম্ফানা ঐখোয় তরানিথোই মহাক্কী য়ূমদা চাক পীজনবা লাওলম্মী। ময়াম মহাক্কী শুমাঙদা লীগী বোল থোমদুনা শান্নে, খূৎনা শোকপা য়াদবা খোঙ অমদি কোক্লা থোম্বা, থৌরী তিংলগা শান্নবা অনৌবা মখলগী মশান্ননি। খূৎলাই পূম্নমক লোন্নবা য়ূমদা সন্ত্রি অমনা শঙহল্লি । ময়াম শান্নরিঙৈদা ঐ চাক ঙাইবা ওইনা তুরেন্দা ঈরুজবা কূম্লম্মী । ঈরুজবা লোইদুনা কাখৎলকপদা খুঞ্জা ময়াম তুরেল্লোমদা চেন্থরকই, ঐ ইঙক ঙক্লা য়েংলিঙৈদা নোংমৈ মখোল তায়,কন্না কাপ্পরে। ঐখোয়গী মীশিং খুদোং থীরম্বা তারে খন্দুনা অচোৎপা ফিগা চেনখৎলকপদা বর্মা সিফাই ময়াম্না উ অমদি লৈপনগী মরুম থুপ্পুনা অঙকপা ফংনা লান্দারম্মী।ঐঙোন্দা য়েংলকপা সিফাই অমনা চংশিল্লক্তনবা মখূৎ হাইরকখি, মহাক্না ঐবু খুলগী মীচম ওইনা লৌখিবনি। ঐ নোংমৈ মরূ মরক্তা চঙবা ঙমদ্রে । তুংলোমদগী কোইনা চৎলগা ঐখোয়গী মীশিং নাম্থোক্লবা হোৎনরুগে খন্দুনা চেনবনি, অদুবু কান্নফম খঙখিদে , খূৎলাই থম্ফম য়ূম মৈনা য়োমখিবনা হানখ্রে। য়ূমদুদগী চেম্থোরকপা মরুপশিং নাম্থোপা ঙম্নখিদে। অমখক্তি য়েক্লবগী নোংমৈ মুন্নবা লাক্লে, অদুবু মহাকসু তুংদগী য়েক্লবনা শঙ্গিন্না থিল্লগা হাৎখিরম্মী। ঐগী মী তরামাথোই মথং মথং তুখিবা ঐ ময়েক শেংনা উখি, মখোয়গী মরক্তা চেনশিনগে হোৎনবদা খামখিবা ৱাখলবু তুক্কচৈ, ইথন্তা চৈ চৈদুনা অঙাওবগুম অহাংবা মফম অমদা লাক্লম্মী। য়েক্লবা হাৎলু , অদুবু ঙম্বমখৈ নথায়বু কনগদবনি হায়বা ট্রেনিংগী পাউতাক অদুনা ঐবু শিবা ঙমহনখিদবনি। মফম খুদিং লালফম্লি, নমদা পুবা য়ূমদগী হেন্না অতোপ্পা মীগী য়ূমদ্ য়ারেক্কনু হায়বা পারা অমা ঐনা করিগী থৌশাখিদে খল্লুরগা ইশাবু মমল থম্লিংদে , লুচিংবা ওইবদা মতিক চাদবনি হায়বা অশোয়বদু চাউনা উরক্লে । অদুবু মমৈথংদা পুক্সিগী লালফমদা লাল্লোং য়াম্মি, খরনা লোইবা নক্তে নিংশিংলগা ঐ চীংনুংদা লৈবা অচৌবা কেম্প তম্না চৎলম্মী।

য়াম্না ৱানা লাকখিবগী কান্নবা লৈত্রে , ঐখোয়গী বেজ কেম্পতা মী অমত্তসু লৈমদ্রে । নীনিশুবা নুমিৎতা ঐ অরোনবা লম্বীদা লাক্কুনা তাপকী কেম্প অমুক থুংলুই । অঙকপনি, মফম অদুদসু ঐখোয়গী মী লৈরমদ্রবদা ঐ খোংজাই খুল অমদা চঙদুনা চাক চাখি । মখোয়দা ঐ অৱানি হায়খি , ৱাদি ইঙাঙ ঙাঙদ্রে, ৱাহংঅয়াম্বা খুমদবনা ঐবু অঙাওবনি লৌখিবদু লাইবক ফবনি । ফিভম অদুদা লমদম অদুৱাইদা কুইনা লৈবা য়াররোই খন্দুনা ঐ সোমাশিংগী লমদা ঐখোয়গী মী থিবা মতম খর চৎলুরে । কনামত্তা উনদ্রবদা ঐ খুল অমদগী খুল অমদা লাক্লম্মী । মমৈথংদা কোংকান থানা থুংলৈ । খুলদুগী নিংথৌদা ঐ পাঙল লল্লোনবা ওইনা শক তাকখি, শম কোই শেমদুনা মান্নবসু হোৎনখিবনি । লম্বীদা লুট তৌখিবদগী শেল থুম, পোৎ-চৈ অমত্তা যাওদ্রে হায়নসু মহাকপু থাজহনখি । নিংথৌনা নুংশিবীদুনা ঐঙোন্দা শেৎন-ইন্নবা ফি খর পীবীরে । ঐ মরক মবক্তা বর্মা লম চঙদুনা ঐখোয়গী কাঙবুগী পাউ ফংনবা কন্না হোৎনৈ, অরেম্বা তাদুনা হেক হল্লকই । বর্মা সিফাইশিংগী খূৎতা তাখিদনবা কন্না হোৎনদুনা কোংকান থানাদা লৈরকপা নুমিৎ তরানি শুরে ।

নোংমা নুংথিল অমা নিংথৌগী য়ুমগী মনিং থংবা ৱাফল্লা ফল্লাং খাবা কা অমদা ঐ পোত্থারম্মী । ঙাইহাক তূমথরুবদগী ঐনা মীকপ থোরকপদা মণিপুর পুলিস তরাগা বর্ম সিফাই কুনগা ইমুংদা থাবা ফালশাং খরদা ফমদুনা লৈরম্লে । ঐ শ্বাই লাওই, ঐবু থিরকপনি খল্লুবনি । তুংদদি ঐগী চিংনবা কোক্লে, মরমদি মখোয়না ঙাঙ্নরম্বসি লোন্নবা লমখৈদা ষন-ইরোই মাঙনবগা লোয়ননা হুরান-চিন্থি হেনগৎলকপা থিংনবা পূন্না থবক পায়খৎমিন্নবগী ৱাফম ওইরম্লে । লৈশাবী মরিনা মখোয়গী চানবা শীল্লম্মী। ঐনা অহোবা ফল্লাংদগী য়েংবদা বর্মা সিফাইশিংগী মরক্তা ঐগী মরুপ গুলাপ মানবা অমা য়াওরি । মান্নবগী অঙকপনা ঐবু তোয়না য়েংহল্লি, মশামক ওইরমগনি হায়বদি খক খল্লুদে । তুংদদি মহাক লৈশাবীশিংদুগা মৈতৈলোন্দা ৱারী শানবা তারে । ঐগী অঙকপা হেন্না চাউখৎলকই । ঐ কাদুদগী থোক্লগা সিফাইশিংদুগী মরক খায়না চৎপা মতমদা গুলাপ্তা ইঙ্গিৎ অমা তৌখি । ঙাইহাক লৈরগা গুল্লাপ্র ঐগী ফমফম হৈনৌ মখোঙ উরুমদা লাক্লম্মী । মফম অদুদা ঐখোয় অনী খূৎ চেৎনা পায়নরগা কপমিন্নখি ।

ৱারী হৌদোক্লরকপগা মহাক্লা হান্না গুরু লৈখিদবগী অৱাবা পাউ তন্নম্মী। গুলাপ মতম মাঙহন্নিংদে।

" অদুদি নুংশিরবা মরুপ, নঙ অসিদা করি তৌরম্লিবনো ?"

" ঐ মঙগী পুক্সিদা লেল্লম্লিবনি।" ঐগীদু অশেংবা হায়বনি।

" নখোয়গী মী মণিপুরগী লমদা চঙবা য়াব্রা ?" গুলাপ্না ঐবু য়েংবোনি লৌরি।

" য়াদে, অদুবু ঐদি মণিপুরগী মীনিদনা।" ঐসু য়েংবো ওইনা খুম্বনি। " নঙনা ফিজেৎ হোংদুনা ময়ামসিগা পূল্লক্লিবসিনা করম্না ?"

" ঐ মরকসিদা মীফা ওইদুনা জেলদা লৈরুরে। জেলগী অৱাবদু খাঙগদবগী শরুক মখোয়গী সিফাই ওইবা য়াখ্রবনি। নঙ ঐগী লম্বী তোঙান তোঙানলে। অদু ওইরবসু ৱারুনবা অমদি নুংঙাইতনবা মরমদি লৈতে ; ঐখোয়না ঙাইরিবসি শিবা নৎত্রনে ?"

" মণিপুরদা থোকখিবগী ৱাখন্দি লৈরিব্রা ?"

" পান্দম কায়খ্রবনিনা হনখ্রসিরা খল্লকপা মতমসু লাক্তবা নত্তে, অদুবু নাম্থোকপা লুই। অমুক মীচেল ওইনা শিগদবগী শরুক খূৎলাইগা কোন্ননা কেমখ্রগে খল্লে।"

" সাবাস ! নঙবু থাগৎলি, মঙ্গল ওইয়ু।"

" নঙগী ৱাফমদি ? মায় পাক্লা হিংলি ?"

" হোয়, শিবা ঙমদবনা হিংলি। গুরু লৈখিদবদগী ঐখোয়সি মায়থীখ্রবগুম খল্লি। পুক্লিংনদি গুরুনা লেপ্পম্বা মীচংদা লৈখিগে, মখোয়গীদমক হোৎনবা তোক্লোই লেপ্পি।"

মরুপ গুলাপ্না চেকশিন্না তাক্লকখি, "বর্মাগী লমদা চঙলক্লগা লালহৌবগী থবক তৌরিবা ভারত মচা খরগী মিং ঐখোয়গী কমান্দরগী ফাইলদগী ঐ উখ্রে ; নঙগীসু য়াওরি। মীওইশিং অদুনা ভারতকী লমদা হল্লক্লবদি ফারগা বর্মা সরকারগী খূৎতা শিন্নরক্লবা ইবা চিঠিনি। মরম অদুনা নঙ মণিপুর থোকখ্রবসু ঈংনা লৈরুবা ঙমগনি থাজদে।"

" চুম্মি মরুপ, অদুম্না চন্নফম খঙদ্রবা মীরেম ওইনা জেলদা অৱাবা খাঙগদবগী শরুক শিদোকখিবা নৎত্রগা মীরোৎ ওইনা মীয়ামগীদমক অফবা থবক খজিক্তং ওইরবসু তৌরম্বা হায়বসিদা ঐগী ৱাখল লৈ।"

সিফাই ময়াম চাক চানবা কৌশিন্নরকই, গুলাপ ঐবু চেৎনা অমুক্তং কোন্দুনা মপি তৈথোক্লম্মী, " ঈশ্বরনা ঐখোয় অনীবু অমুক হন্না উনহনবীসনু ।"

" ঐনসু নিজরি ।" ঐ মখা ঙাঙথোকপা ঙমখিদ্রে ।

ময়াম চাবা থকপা লোইরগা বর্মা সিফাইশিং নোংপোক পাংনা চৎখ্রে। ঐ হৈনৌ পাম্বীদা ঙাদুনা মীরৈবাক্কী সিফাই ওইখ্রবা গুলাপ য়েংদুনা লেপহৌই । গুরুগী তুং ইনমিন্নরকখিবা চাউথোইগী পাউ হংহৌদবগীদমক নিংঙমহৌদ্রে ।

নিংথৌগী য়ূমদা থবক অমত্তা তৌদনা লৈরকপা ঐ ইকাইরক্লে । নোংমদি ঐ লৌ চৎপা য়াওরুই । লৌদগী কারকপদা সোমাগী লমদা চৎলুবা তাংখুল অনী নিংথৌগীদা থুংলমখি । নুমিদাং ওইরকপদা ফুঙ্গা মপান্দা কোয়না ফমদুনা ঐখোয় ৱারী শানৈ। খর অহল ওইবা তাংখুল নুপাদু লম য়াম্না চৎপা মীশক্লি তাকই, মহাক্কী ৱাবী নুংঙাই । অসুম লীনরকপনা মতমগী ৱাফমদা তারকই ।

তাংখুল অহলনা হায়, " পৃথিবীদা অনৌবা য়াওল লাকখিবগা লোয়ননা ঐখোয় চীংমীশিংগী পুন্সিসু ফনা য়াম্না হোৎলক্লে ।"

নিংথৌসু ৱারীগী পরীংদা শরুক য়াই, " ইতাওখোয়গী খুলগী মী পূম্নমক খৃষ্টিয়ান ওনখ্রবা ?"

" হনুবা-হনুবী খর খাঙহৌবা নত্তনা অতৈদি লাইমিং লৌখ্রে ।"

" অদুদি লাইরিক তম্বসু কন্না হৌনরম্লগনি ।"

" হোয়, থৱায় ফনা য়াওনরে। কুমসিদগী ক্লাস থ্রি হাপকৎতুনা উচ্চ প্রাইমরি অমা লিংখৎসি হায়না খুলনা লেপল্লখ্রে । ঐ খুল থুংবগা তম্পাক্তা চৎতুনা ওজা অমত্তং থিরুদবা য়ারোইদৌরি ।"

" চীংগী খুন্দা মৈতৈ ওজা লৈবীয়ু য়াদবসিনি নুংঙাইত্রিবা, অদুগী মথক্তা ঐখোয়না তলব মতিক চানা পীবা ঙম্লোইদো, খঙদে লুরিবনি ।" তাংখুল নহাসু য়াওশিল্লকখি ।

" ঐখোয়গীসিদি লাইরিক ফাওবা মশক উনদ্রি হায়বা য়াই । নোংমৈদি ওজা অমা থুমসিরা খল্লিবনি । " নিংথৌ তাংখুলগী ৱাখলগা মান্নরি ।

ঐ তাংখুলশিংগী ৱাফম মখা খঙনিংখি, মরক থৎলি।

" ইপাখোয়গী খুলদি করি কৌই ?"

" হুইনিং, তারব্রা ?"

" কদাইৱাইদা লৈবা খুলনো ?"

" উখ্রুলগী খঙব্রা ? অদুগী অৱাংদা, লোন্নবা খুলনি ।"

" কয়া চাউবা খুলনো ?"

" য়ূম চামগা য়াঙ্খে লৈ ।"

" অঙাংসু য়ান্নমগনি ?"

" য়াম্মি, ইমুং অমদা স্কুল কাগদবা অঙাং অনী অহুম লৈতবা য়াওদে।"

" হান্নদি স্কুল থম্বীব্রা ?"

" খুন্না লিংখৎপা এলঃ পিঃ স্কুল অমা লৈ ।"

" ইপাখোয়না খন্নবীরিবদু অফবা থবক্নি ।"

" ইচা নুপাদি করি খুন্দগীনো ? করি থবক চৎলুবনো ?"

" ঐ তম্পাক্তগীনি,থবক শুফম থিরকপদা মফমসি য়ৌজরকপনিদা।"

খোঙ গদ্রং হাংদুনা নুপা অমা চঙলকই । নিংথৌদা য়াম্না হরাওনা পাউ তম্লে, চে অমা পীরম্লগা থোক্লমদাইদা ওনশিল্লম্মী," ময়াম ফম্বীহৌখো । ঐ নহাল ইম্ফালদগী লাকপনি, ঙসি থুংলৈ । ময়ামগদি পূঞ্জনিংবনি, খর চোকথরে । হয়েং অমুক উনরসি ।"

চে লৌহৌবা নিংথৌ নুংঙাইবগী শক্তম উৎলকই , হরাওনা হায়, " লমগী কেশ থেংনরকপা চহি য়াম্লে । ঐখোয় খুলগী শেল মসিদা তুম্লবনি। হন্দক্তি ঐখোয়না ঙম্বগী রায় পুরক্লে ।"

" য়াম্না ফরবনি, নুংঙাইবা পাওনি, ইতাও । ঐখোয় খুলসু ঙাইমুগা শোক্লবা কুইরে ।" তাংখুল অহলনা হায়।

" মণিপুরগী চীংগী করম্বা খুলনা লমগী কেশ তৌনদবা য়াওবগে? কেশকী শেলখাইদা চীংমীশিংসি ফুন্দ্রে তুনরবনি । শোইরিবসি প্রজারা সরকাররা খঙদ্রে ।" তাংখুল নহা য়াওশিল্লকখি।

খোংজাই নিংথৌ চে য়েংলগা তক শোল্লি, " মরোলসি করিবু

হায়রিবনো খঙনিংখ্রেদা । লাইরিক হৈতবা মিৎতাংবনি ।"

" ঐ পাজগে।" খর থুমনখ্রবনি ঐগীদু । " ঐখোয়সু খঙবা য়াবা মতাং ওইরবদি অমুক্তং য়েংজগে ।"

" এঃ ইচানুপা হৈগদ্রনে ? ইংরেজীনিনে ।" খোংজাই নিংথৌ মুন্না য়েংলকই ।

" অমুক্তা পীবীয়ু ।" ঐ চে লৌরম্মী ।

ঐ খোঞ্জেল থোক্লা রায় পারম্মী, লমাই তরানি । মতাং মতাংদা মৈতৈলোন্দা অর্থ হন্দোক্তুনা তারিবশিংবু খঙহল্লি । নিংথৌনা ফজনা মায় পায় পাক্লে, পেঞ্জবনা মহাক নোকমী নোকমী তৌই । তাংখুল অনী ঐঙোন্দা শংত্রিক য়েংলি। অহলদি ঙকপগুম তৌই ।

" ইচা নুপাদি কদাই য়ৌনা তমহৌই ?"

" ইপা ঐ মেত্রিক পাস তৌখ্রে ।" ঐ শেংনা তাকই ।

" হো ! মেত্রিক পাস !"

" চুমগনি, রায় ফজনা পায় ।" তাংখুল নহাগী মতনি ।

অহল ঐগী খুৎ শোক্লবা লাম্লকই, " হৌজিক করি ফম ওইরিবগে?"

" ইপা, অশেংবা হায়জখ্রে, ঐ সরকারগী নৌকরী নত্তে । পাঙ্গলনা তাল্লগা চাজবনি ।"

" হি ! ইয়ো ! অদুদি নঙনা য়ানিংগদ্রা ; ঐখোয়গী খুন্দা ওজা ওইরুরসি ।"

ঐ খুমখিদে ।

অহিং চুপ্পা তাংখুল অনীনা মখোয়গী খুন্দা চৎননবা ঐবু থেল্লম্মী । মখোয়গী খুলগী অঙাংশিংনা লাইরিক তম্মিং তম্মিংনা তম্বা ফংদবগী নুংঙাইতবদু হঞ্জিন হঞ্জিন তমখি। ঐ অঙাংশিংদুগীদমক খল্লগা হুইনিংদা চৎলগে লেপ্লে।—

" ও ! ও ! অদুদগী মোসোফি থেংনবা ।" তেশিল লেপখৎতুনা স্বর শাংনা হোল্লি। "নীংবা কায়বা কয়া থোক্লবসু ওজা হৌজিক্তি য়ূমদা অমুক্তদি য়ৌরুখিবা ফৈ । অহল-লমনশিংদু কয়াগী মতিক ৱানরমগনি । নৎত্রগসু ওজাগী লৈফম ফাওবদি তাকখিফম থোকপনি ।"

থোইবা নোক্লকই, " চুম্মি নঙনা হায়বা, অদুবু মদুগী ওন্নবদা

ঐগীসু পুক্লিংগী অরেপ্পা ৱাফম অমা লৈরি ।”

“ করিনো ?”

“ ঐনা নঙোন্দা ইশাগী অরোনবা ৱারী কয়া লীথোক্কে, তোঙান তোঙানবা খুন্নাইশিংগী চৎনরোল মরুওইনা শোৎথহৌরবা কাঙলুপশিংনা থেংনরিবা অৱা-চৈথেং পূম্নমক খঙহল্লবনি লৌই । অদুবু ৱাফমদুদি খাক্লগে।”

“ সংসারসিদা ওজানা ঐবু মিৎ লাওনা পাঙথোকহল্লবনি । মসিগী লমন চাউনা তোল্লে ।”

তেশিল তপ্পা নোস্থখি । য়াঙ্কোক মফম অহুমখক্তা ঙায়রবা ফৌ খাওবদা মায় ওনশিনখ্রে। থোইবা থাবল য়েংলগা তপ্পা ইশৈ ঙংলম্মী ।

# ২৪

নোংঙানবগা চাক থোংবসু লোইথোকপসি লমদমসিগী চৎনবীনি। লাম্বা লামদবা হেক্তা চানৈ । অয়াম্বা চাক শরুক্তি লানা চযোম য়োমদুনা লৌ চৎপদা পুনখি। পিক্লিবা অঙাংশিংবুনা, চাক চাববু খব খর হৈরবদি, অযুক ঙন্তাদুদা মমা-মমানা খোম মপুক থন্না ইনবীরম্লগা মচেম-মবুং নাওরোইশিংদা শিন্নরমগনি। তৌবতবু মমাশিংনা চৎলমদাইদা খাবুম থন্না উম্লবা য়ু অঙাংশিংদুগী মচীন্দা তপ্না তপ্না কামশিনবী । নিশা কারক্লবা অঙাংশিংদুনা মমা মমাবু নিংশিংদ্রবগুম চেন চোংদুনা শান্নহৌই । পূংখাইমুক্কী তুংদা মখোয় অশিবগুম তূমথনৈ । মীকপ থোরকপদা নাওবোই-নাওশেনবনা মৈদা লৌরবা চাকা মতুম পায়হল্লি । মপুক লাম্লবা অঙাংশিংদুনা থুমখক্তং তোৎলবা চদুম হাওনা চায়। মপুক থন্না চাবা হৈত্রিবা অঙাংশিংনা কপলকপদা নাওশেনবশিংনা পোখৎতুনা থেম্বা হোৎনৈ। করিগুম্বা নক্লবা খোম্নৌবী লৈরবদি মনাক্তা পুদুনা খোম ইলহনগনি। খোমদাংবা য়াম্মনবনা খোমনৌবীশিংসু ময়াঙ কংত্রিক কংনৈ। মপুক থনবা ঙমদবগী লেপ্তুনা কপ্লিবা অঙাংবু শেন্নরিবা নাওরোই নুমিৎ তারগা হল্লকপী মমা ঙাইবদা ব্রামল্লক্তুনা কপ্লি। মরাং কায়না চাদ্রবা অঙাংশিংদু মফি শেৎতবনা ময়াঙ কংবগী চাংসু শেংনা খঙভি ।

লুহোংবা , মঙ্গৎ, যূমজংবনচিংবা খুল হুপ্না চাকখাঙবগী থৌরম নত্তনা মখোয়গী কুমহৈ তাঙলম্বনি, থবক শূদনা পোত্থাবা খঙনদবনি। পোইনুদা লোকপা ফৌ ফাইরেন থা চঙলকপা ফাওবা যূমদা হোনগৎনৈ।

মীরোল লৈজদবনা হোনগৎপা ঙমহৌদ্রবা ইমুংশিংনা লমলক্তা কোৎ কোন্দুনা থম্নে । মফমদুদগী শংবাই-লিখাই পেক্লুরগা শুদুনা চায় । ফৌ হোনবগী থবক লোইশিনবগা লৌ য়ানবা অমুক হৌনৈ । চহী তরা তরামাথোইগী অঙাংদগী হৌরগা ইমুং হুপ্নরিবনি । মতমসিদা খুন্দা লৈহৌবসি থবক শূবা ঙমদবা হনু-হনা, পিক্লিবা অঙাং অমদি মৈনীং কৃম্বীশিংনি ।

থা অনী চুপ্না কংহল্লবা পাম শজিবু য়ৌরকপদা মৈ থানরে । করিগুম্বা চহীদা উমং য়ান্দুনা করিগুম্বদনা মৌবী হাইদুনা পাম শেম্মি । মৌবী লৌফম য়ানবা চহীদি ৱাদবগী মথক্তা ফৌ ফগল্লি হায়না হরাওনৈ । মমাঙ য়ানখ্রবা ম্রফম চহী তরা তরাগী মতুংদা অমুক য়ানবগী চৎনবী থমনৈ । লৌফম অমদা তরুক্লক শুনা য়ানবা য়াওরবা নুপা নুপীবু অমব ফংলবগুম শাংনা পুন্সিরে হায়নৈ । মৈ চাকপদা তুম্বা ঙমহৌদ্রবা শাং, কোক-কোক্লা খুন্দোক্লবা মতুংদা কালেন লাকপগা ফৌ থানরে। ইঙেন্দগী নাপী পেংবগী থবক চঙশিন্নে। নোংজু থাদা চৎথোক-চৎশিন খুদোং চাদবনা খুঞ্জা অয়াম্বা লৌদা হোংথনৈ। ওক য়েন, কোল-লিক, শুক-শুম্বল পূল্লপ লৌদা পুথনখি। মরম অদুনা লমদমসিগী মীশিংনা লৌবু লৌখুলসু কৌনরিবনি ।

থোইবানা লাকপদগী খুলসিদা মী লৈবগী মওংসি খব হোংলে। অহানবদা, খুলগী অয়াম্বা মীনা খৃষ্টিয়ান ওইরকপদগী নোংমাইজিং নুমিৎ চর্চ কাদুনা যূমদা পোত্থানবা । অনীশুবদা, থোইবাগী ছাত্র-ছাত্রীশিং চাং নাইনা স্কুল কানবনা য়ূম থাদোক্লদবা। অহোংবা ফিভমসি মুন্না য়েংলগা থোইবানা খৃষ্টিয়ান শন্দোক্লম্বশিংবু তত্তনা থাগৎলি ।

খুলগী হবাও-কুমহৈ থৌদোক খুদিংমত্তা থৱায় য়াওনা চিংথদবগীদমক নহা অহল পূম্নমক্না থোইবাবু থাগৎনৈ, লুনা তৌই । ঙসিসু থোইবাবু মৈত্রম্বুগী মচানুপীগী মঙ্গৎ কুমহৈদা য়াওনবা কন্না হায়রম্বনি। মীয়াম তিনবা হৌখ্রবনি, খুল্লানবশিং থুংলরে হায়না মহাকপু কৌরবা অনীরক শুরে। মহাক খর তপ্তুক মৈত্রম্বুগী যূমদা লাক্লম্মী ।

থোইবানা ইমুংদা চঙবগা যূম্বু হরাওনা চেস্থোরকই , মখূৎ পায়দুনা চিংশিল্লগা ফাল অমদা ফমহল্লি। ইমুংদা হনুবা-হনুবী, লৈশাবী-পাখং , অঙাং য়াওনা মীয়াম ওখাক য়াম্না তিল্লম্লে । মহাক্না য়েংবদা মীগী মশীং

অসুম অসুম হেনগৎলকই, মদু তশেংনা অনৌবা মী য়াম্না মথং মথং চঙলকপগী নত্তে, অমম্বদুদা উবা হেনগৎলকপদগীনি। মফম মরিদা থানবা উচান মৈরা অমসুং পোদোনগী মঙালনা চাউরবা ইমুংদু মপুং ফানা ঙালহনবা ঙমদে। খুলগী অথোইবনি লৌনরিবা ফালশাং অনীদা মীনা থন্না ফম্লি। অথাপ্পদগী লাকপা খুল্লানবা খরদি ফাল মথক্তা তিংথোক্লনা হিপ্লবসু য়াওই। লময়াইদা হঙ্গৎ-হন্দা চৎপা মীশিংগী খোঙনা চেনখৎলকপা উফুলনা ইমুংদু খবসু হেন্না মমহল্লবনি। মরম ওকপা পাখং লৈশাবীশিং মীয়ামগী সেবাদা মখোঙ য়াংনৈ। মী মরি-মঙা মবি-মঙাগী মরক্তা নাটকা তোংজি থিল্লবা অচৌবা মৈকুবোব উতোং অমমম থম্মি, ব্রাইযুনি। লুকথদুনা তোংজি চিংনৈ, মথং মথং লান্নৈ। নুপী নুপা পুন্না থকমিন্নবসু য়াওবি। চহী অহুম-মরিগী অঙাংশিংনা মমাদগী তোংজি মুল্লগা ব্রাইস্থকই, খাম্নদে। যু, শা অমসুং মৈখুগী মনম যমদগী চংথোকহনখিবা যাদে মতাপুম লৈচিলনা থানা কুপ্পুনা থম্লি। ইমুংদা থোইবানা মতম শাংথনা ফম্বা ঙমগনি থাজদ্রে, স্বব হোনবা ব্রাবে, মিং থুপ্লে। মযাম্ব চাক পীজনবা শিল লাংলিবা পাখং লৈশাবীশিংনা লা থাবা হৌরকই। লা হাযনবগী ব্রানি থাবিবদু ব্রাকুরাক্লি। মৈকুবোবকী ওইবনা মবাং কাযনা পাকই। চাক্কা মচিদা চগেম অমসুং শা মতৃম মতৃম হাপ্পা লোইবে। শা চাদবা থোইবাগুম্বা মী খবগীদি কবো ঙা অকংবা হাপ্লকখি। কোইচেন চেন্দুনা শান্নবম্বা অঙাংগী মশীং তঙ্খাই অমা উখিদ্রে। মখোয কাচিন ওইরপ উফুল হৌবা লৈমায়দা যুগী নিশানা লেংবা ঙম্নদনা তুনখ্রবনি।

চারিঙৈদা খজিক্তং ঈংথরুবা মীয়াম তোকপগী মথূৎ হল্লবগা নিনবা অমুক হৌনরক্লে। মাগী মাগী ফমফমদা ফম্নদুনা যূম্ববু থাগৎনৈ। সেবা লাংবশিংনা লুখাক-লা শেংদোকপা লোইবগা অচৌবা উতোংগী মহুৎতা অপিকপা কালৈ হাপ্পা উতোং লানবা হৌনরে। অমগা অমগা ওনশিন্নদুনা ব্রারী শানৈ। ঙাঙবনা য়াম্মি, তাবীনবা ব্রাৎলি। চহী কয়া উনবক্ত্রবা খুল্লানবশিং হৌখ্রবা পুন্সিবু শৈথাদুনা ইশৈ শকমিন্নৈ.মচি অমদা জগোই শামিন্নবসু য়াওবি। অহিং চুপ্পা ইশৈদা,জগোইদা,তা-খৌশাবদা লেনগদবনি খঙবনা থোইবা থোকখিনবা তাঞ্জা য়েংঙি।থোঙজিন ময়া নক্লা মমায খুইরবা হনুবা-হনুবী অনী ইশৈ ফাংনবদুনা মহাকপু ঙাইহাক ফাদুনা থন্লে।

হনুবা — নহা মতম অদুঙৈ
লোকচাউ লান্না চোংলিঙৈ
নুরা নঙবু উনিংলক
লীচিংনদি কনশিল্লক
শুক্ল' উমং শমদুনা
শাদানববু শাদুনা
পাখং নাইতোম চৎখিবা
করম্নবু কাউশিবা ।

হনুবী — চেংলৌ নশক উরক্তা
হনখিবসু মঙমদা
পাখং নঙবু ঙাইবদা
ইদোম খক্তা লোক্লুংদা
লেমলৈ ফাবা শাদুনা
মিৎলু পিরাং ঈতিন্না
অঙাওবীগুম তেংথাবা
উবীখ্রিদ্রে লৌনম্বা ।

হনুবা — ৱাংমা ৱাংমা লৌয়ানঙৈ
তাম্ল চেংলৌ উনঙৈ
নুজা নঙবু নীংথিবী
ঐগী থম্মোয় হুখিবী
নুংশি পাউজেন্নিংবনা
কাজখি উতোন লোম্না
শকচৈ ইশৈ নুংশিবা
নঙগী নাপ্পা য়ৌনবা ।

হনুবী — লাকখিগদ্রা খন্দুনা
লাংবন ফৌরক শমদুনা
থম্লবনি লোৎতুনা
থকমিন্নগে লাংজবা
চহাও ৱাইয়ু অথুম্বা

ইখূৎমক্লা শেমজবা
নঙনা করি' খঙবীদে
ঐগী ঈখৌ কোকখিদে ।

হনুবা — পুথোকপীখ্রে লাইবক্লা
পুন্সি লম্বী তোঙান্না
অদুবু লাক্লে ঙসি
খঙহৌদনা পূংফমসি
খঙহন্নবা নঙোন্দা
থাঙমদ্রে মপোকসিদা
পুরক্লিদো লাইমনসি
নঙতবু নুংশিবসি ।

হনুবী — ৱাখি নিংশিংলকপদা
লৈঙমদে খল্লুবদা
নঙগীনিসু হাযঙমদা
অসুম লাপ্নখ্রবদা
চাক্লা চাক্লা লেঞ্জখিবা
যৌবক্লেদো অথেংবা
হনখিনবা মতমসি
অকাউবগী লম্বীসি ।

নোংঙাল্লকপা অযুক ঙন্তাদা থোইবানা শুমাঙদা মচীন ময়া শেংলিঙৈদা অঙাং অমা মনাক্তা চঙশিল্লকই ।

" ওজা, ঙসিদি ঐখোয় স্কুল কাররোই ।"

" করিগীনো ?" থোইবা চৈগে তৌবনি ।

" শা চাগদৌরি ।"

" কৈদৌবগী ? কদাইদা ?"

" মৈত্রম্বুগীদনি, খুলগী পাখং অমা ৱাকোংহনখ্রে ।"

" মানা করি তৌরুবগী ?"

" খুল্লানবী মৌ নহা অমা লক্করুবগী ।"

" করম্না লক্করুরিবা ।"

" হি-হি।" অঙাং নোকই

" হায়য়ুনে।"

" তুংলোমদগী কোল্লুবা,অমম্বা কাদা চিংশিল্লুবগীনি। নুপীদুনা খুন্দা ৱাকৎলক্লে।"

" করি করিনো কোংগদবদি ?"

" নাও অহুমগী শন্দং অমগা য়ু খরুং মরিগা।"

" নুপীদুগী মৱানদি করি হায় ?"

" করি হায়গনি,মাগী নুপী মশক ফজবদগী ময়াম্না শা চাগদৌরি।"

থোইবা নোকপদা অঙাংসু য়াওই।

" অদুনি লমচৎ ফত্তবগী ইকাইবা অমদি মাঙজবা।" থোইবানা অঙাং থাদোকখিনবা হায়। " ফরে ঙসিগীদি নখোয় কুমহৈদু য়াওরুরো।"

ৱারী হায়ফেৎ তাহৌবদগী কোনাই নোক্লুনা কুমথরকই। থোইবাসু মঙোন্দা নোক্লুনা য়েংঙি।

" ইপা , কুমহৈ লোইশিনবা য়াদ্রি ?"

" য়াদ্রি ওজা , মথং মথং শমথখিবসু য়ারি, অদুম্নসু থোক্কল্লি। খৃষ্টিয়ান ওইখিবদগী অসিগুম্বা ৱাকৎসি কয়া লাকখিদ্রবনি। মমাঙদদি পাখং য়ুঙাওবা মশীং য়াম্বনা মথং মথং ৱাকোংনবদা নোংমগী কুমহৈদগী চয়োল অমা শাংথবা য়াওরিবনি। লমকাং ইতাও খুল্লাকপা অমখক্তি অসিগুম্বা ৱাকৎ থৌকৎ হোৎনরিঙৈদা থবক শৃবা ঙমদ্রে হায়দুনা নুপা-নুপীগী ৱাথোক্তা বিচার তৌররোই লাউথোকখিবদগী মাগী খুন্দু ঈংনা পাল্লে হায়।"

" য়ুদি নুপাশিংতা নত্তে নুপীশিংসু ঙাওরি। মখোয়না লাল্লম্বা থোক্লবদি ?"

" মখোয়সু কৈ ময়া অমদি নোংমৈ শীংজঙ কিরিবনিদা। ওজা, অসিগুম্বা থৌদোক অমা হন্দক্তসু থোকখ্রি। মদুগী অরোইবা বিচার মশেম তারি।"

" কদাইদা?"

" খৃষ্টিয়ান চৎত্রিবা মখা খুলগী ৱাথোক্কি। চীংশাংসিগী খুল্লাকপশিং

পূন্দুনা বিচার তৌবা অহুম্নক শুরে। অরোইবা রায়গীদমক ময়াম্না ঐঙোন্দা শিন্নরম্লে। মরম অদুনা ঐ কেশতুগী মরমদা হৌজিক কোক ঙাওবা মখৈ খল্লিবনি।"

"করি ৱাথোক্লো, তাখিসি।"

"তমথোকপদা ইকাইবনিদা। নৌনা লুখ্রা ওইরবী অমগী ৱাথোক্লি।"

"কেশকী ৱারী নুংঙাইরমগদবা মাল্লি।"

"নুপীদু নুপানা মিতাবা শাওং-শাদামক ওই। মিৎযেং নায়েংসু নুপাশিংনা থরুম তৌনিংহল্লি। মওং তারোই হায়নবগা থা মঙাগী অঙাং পুরম্লে। মমা-মপানা তকখৎপদা তম্পাক্তা লাইরিক তমদুনা লৈবা পাখং মচা অমগী অঙাংনি হায়বদগী খুদক্তা নহাদু কৌহল্লুই। অদুবু মহাক্কী অঙাংনি হায়বা য়ানিংখিদে, খুন্দা হন্দুনা ৱাকৎলকখি।"

"করি হায়না?"

"মাগী মচা নত্তে অসিনি।"

"মানা কোয়খিদে হায়রবা?"

"অদুম্নদি চেনখিদে।"

"অদুদি?"

"নুপীদু কোয়বা নুপা মথন্তা নত্তে হায়বসিনি।"

"অদুম্না চেনবা য়াব্রনে? শাক্ষি পীবা ঙম্ব্রা?"

"মরম লৈরম্লে। নুপী অদুবু কোয়খিবা অতোপ্পা নুপা অনীগী মশক মমিং মহাক্না তাক্লে। অহানবদু পাখং শরিনি, ওই থংবা খজাই শওম্না ফকখ্রে। অনীশুবদু চহী অহুমগী মচা অমা লৈবা পাখ্রানি।

"মখোয়নসু য়াখিব্রা?"

"অহানবদদি মখোয় চেল্লি। কৈ ময়া অমদি নোংমৈ শীংজঙগী মাঙদদি তুমিন লৈখ্রে।"

"পাখং নহাদু কুপ্না শেন্নরম্লিদনা।" থোইবা নোক্লম্মী। "অসিগুম্বসি খুঙ্গং অতৈদসু হেক হেক থোক্লে।"

"হোয়, মা অহানবদদি নুপীদুগী লমচৎ খঙদবনা য়াম্না ঙাওজরম্বা জাৎনি। নোংমা অসুম ওইয়ু তম্বদগী,হুরানবগী তরা মপুগী নোংমা

তাখিবদুনি, কবো খুল অমদা অঙাংদুনা নুপীদুগা শওন্না খোৎপদুগা যূম অমদা লেকমিন্নরম্বা থেংনরুরে। মদুগী চিংনদুনা লৈরিঙৈদা নোংমা অমনা পাখ্রাদু অহিংদা নুপীদুগী কাদগী থোকখিবা উরুরে।মহাক চিংনবগা লোয়ননা চাকমনবদগী অমমম্বদুদা নুপীদুগী হিপফমদা লোন্না চঙলুই। মহাক্না ফমুংদা ফমথরুবগা নুপীদুনা হায়রকখি,“ করিগীনো অমুক হল্লক্লিবা ?”

পাখং নহাদু নুমিৎতুদগী হৌনা নুপী অদুদগী লাপথোকখ্রবনি। লুরিবদি মখোয় অহুমগা নুপী অদুগা চৎমিন্নবগী মতমসি য়েৎশিন্নখ্রে, পুরিবা অঙাংগী থাশিংসু মতম চানৈ। ”

“ অদুদি করম তৌবা তারিবা ?”

“ অদুনি ঐনা কোক ঙাওরিবা। ঐঙোন্দা শিন্নরবনিনা বিচার হায়দোক্তবদি য়ারোইদৌরি।”

“ ইপাগী রায়দু হান্না অমুক্তং তানিংখ্রেদা।”

“ খঙদ্রে ওজা, ঐগীসি চৎনবা য়াগদৌরিব্রা, মসি নত্তনা উপায অতৈ লৈরোইদৌরি।”

“ য়েংসি ইপা, হায়বীয়ু।”

“ খ্বাইদগী মশীং য়াম্না চৎমিন্নখিবা নুপাদুবু মপা ওইহনবা তারে।”

কোনাইগা থোইবাগা উপায় লৈত্রবগুম নোকই। মোশিল লাকপদগী মখোয় অনীগী ব্রারী লেপ্লে। থোইবা মোশিলদা ওনশিল্লি।

“ কৈদৌঙৈ চৎকে খল্লি, মোশিল?”

“ ওজা, ঐ লৌ য়ানবা লোইরমখিগে।”

“ পরীক্ষা নকশিল্লক্লে, চৎপনদি ফববনি।”

“ লৌ য়ানবসি লোইরমদ্রবদি ঐ লাইরিক পাবদা লূপশিনবা ঙম্লোই।”

“ ফরে ফরে, থুনা লোইশিন্নবা তৌসি।” মোশিল চৎখিবা য়েংলগা থোইবানা হায়, “ ইপা, নরাইবক ফৈ, নচা মরম ওকপা পোকপসি।”

“ ওজানা য়াম্না থাগৎপীরে। ঐগী অঙাংবু ননাওগুম খন্না য়েংশিনবীবা অসিগীদমক লমন চাউনা তোল্লবনি।”

“ করিগী লমন, ফহন্নিংবদা ঐগীসু শরুক চাউই। মাগুম্বা লাইরিক্তা

থৱায় য়াওবা মরুপ ,ইনাও থেংনবসি খ্বাইদগী নুংঙাইজবনি । লমদমসিদগী পাখং অমনা বিঃ এঃ তম্বা হায়বসি চাউথোকচনিঙাইনি।"

"খঙদ্রেদা ওজা,লাইরবা চীংমী ঐখোয়দা করিবু চন্নগদৌরিবা।"

" হোৎনমল মহৈ চারক্লগা খঙলসি। ইপা অৱাবা কিবীবা য়াদে ।"

কোনাই ৱাকোংবগী থৌরম য়াওরুনবা চৎখ্রে।

লৌ য়ানবগী থবক য়াম্না কনশিল্লকপা মতমদা থোইবা নুমিৎ মঙানিগীমক স্কুল ছুটি থাদোকখ্রে । অঙাংশিংনা মতেং পাংলগনি খনবদা মমা মপাশিংসু হরাওনৈ। মোশিলবু তম্পাক্তা থুনা থানিংবনা মহাক মশাসু কোনাইগী পাম য়ানবদু পাংলগে খল্লম্মী।

নোংমা থোইবা থাঙ অমা পায়দুনা মোশিলগা লৌ য়ানবা লাকখি। উনানা কবোক চাইখাইবগুম উরবা চীংমায় নাপোম মঙাদু ইমুং হুম্ফুগী লৌকোন্নি। মোশিলগী মমা-মপা অমসুং মচল নুপী লোক ময়া অঙম্বা চীংমায়দা য়াল্লি। শোংলবা উমংগী নারক ইরক্তা শুবা থবক ওইবনা কন্না ঙাঙনবা অমদি থাঙখোল কোক-কাক নত্তনা ৱারী তানদে,শক উনদে। অচৌ অচৌবা উজাউ কয়া তুরকপগী খোঞ্জেল নুংশিৎকী ঈপোমদা তোংদুনা নাপোম লান্না চৎলি। কা হেন্না চাউবা উশিংদি মতোন্দগী উশা ককথনরি। মী অনীনা কোনবা থুংদবা য়াঙৌ পাম্বী অমগী মখোঙ য়ৌবকপদা মোশিলনা হায়," ওজা, য়াম্না ৱারম্লগনি, ঙাইহাক পোত্থাখিসি।"

" ৱাবদি নত্তে,অদুবু খুবাকসি পোকখাইরে।"থোইবা খুবাক তিংথোক্লনা য়েংঙি।

" ইস, থীনা পোকখাইরে, নারম্লগনি। তোয়না য়ান্দবা মীদি অসুম্না তৌই । চয়োম চাখিসি, ওজাদি পোত্থাবীরো ।"

লৈতেম মান্নবা মফম অমদা ই-লাং শেংদোক্লনা মোশিল চয়োম হাংদোকই। তুম্বাগী ঈশিংনা খুৎ হামদোক্লদুনা চয়োম চামিন্নরে। মখোয় ৱারী শানৈ।

" মোশিল, অসুম্না লৌ য়াল্লগা মীরোল কয়া হিংলকখ্রে। ঐখোয় ইশানা থাজবা মহৈ-মরোং চাদুনা, লশিং ফি শেৎতুনা পাল্লকখিবনি। চাবা ফংনবা হায়বদি হিংননবা লৌগী থবক লেপ্পরক্ত্রি, অদুবু হৌজিক্তি ঐখোয়না

খন্নগদবা ৱাফম অমা লাক্লে, ঐখোয়গী খুল চহী খুদিংগী য়ূম্নাক মশীং হেনগৎলক্লি,লমদি চাউথোক্তে, মরম অদুনা লৌ য়ানফম পিকশিল্লকপগুম থোক্লে। নোংমা ঐখোয় চাবা কোন্নবা লৌ য়ানফম লৈশিল্লক্লোইদৌরিবনি। উমং কোকথোক্তুনা চহী অমগীদমক লৌফম শেস্বগী থবকসি ঐখোয় কয়া কুইনা চৎথখিনি ; মসিবু লেপত্রবদি নোংমদি ঐখোয়গী লমদমসি ইকোক কোকপা য়ূম শানিঙাই উ ফাওবা ফংলক্তা ফিভম ওইরকপা শোয়দ্রবনি। মতম অদুদা খুলনা থেংনগদৌরিবা অৱাবদু নিংশিংসি।"

মোশিল ঙাইহাক খল্লগা খুম্লকই, " ঐখোয়গীদি পামলৌ উবা নত্তনা অতৈ হিংফম লৈত্রবনি। অরুবা তানফম লাকপদা সরকারনা করি থৌরাঙ পায়খৎপীরকপগে হায়বদু য়েংবা তাবনি।"

" অদুনি, শোৎথরবা প্রজাশিংগী ফিভম চিংখৎপীবা সরকাব অমা শেম্বদা নঙসু ঐনা য়াওহন্নিংলি। হায়য়ু. নঙনা লৈবাক সাসনগী শক্তি পায়বা মীশক অমা ওইরবদি করি তৌনিংঙি।"

" ঐনা নিংথৌ ওইরবদি তৌনিংবা থবক য়াম্না লৈখ্রেদা।" মোশিল ফাগিগুম নোকই।

" নিংথৌ হায়গনু , হৌজিক তৌবা ঙম্লিবসি মন্ত্রীনি।"

" হোয় ঐনা মন্ত্রী ওইরবদি ইহান হানবদা থাপ্না থাপ্না মনুং হঞ্জিন্না লৈরিবা চীংগী খুঙ্গংশিংদা হৱাগাড়ী চঙবা য়ানবা লম্বী শেমগনি। লম্বী-থোংবু ফরবদি নুংঙাইবা ,চাওখৎপা মশানা লাকচরগনি।"

" নঙগীসি তঙ্খাই অমদি য়ানিংঙি। অদুবু নিংশিগদবদি লম্বী-থোং ফবা তম্পাক্কী মীপূম খুদিংমক নুংঙাই-য়াইফনা,ৱাৎত-পাদনা পান্নবদি নত্তে। হিংনবা উপায় থৌরাঙ খন্নখিসি হায়বনি।"

" চুম্মি ওজা, ঐনা য়েংবদা সহরগী ইনাক খুনবা অচৌ-অশাংশিংনা নুংঙাইনা পান্নরবসু লৱাই-থৱাইগী লাইরবশিংদি ওস্থোক্লা নংনা উখ্রে। মখোয়গী অৱাবদু উরগা চীংদা ঐখোয়না হিংলিবা পুন্সিসিনবু খর হেন্না মফব্রা খল্লি।"

"অনীমক ফত্তে, অৱাৎপনা থল্লবা মফমদা নুংঙাইবা হৌনদে ।"

" অদুবুদি চুল্লবা । লমদমসিদা অচৌবা স্কুল লৈতবনা ৱাংনা লাইরিক তম্বা ঙম্মদে, নারক-য়েক্লকপদা লায়েংফম ডাক্তর খানা লৈতবনা,অনাবা

মী কাইরাংদা নৎত্রগা পোদুনা মাইল য়াঙ্খে চামা লাপ্না চীংগী লম্বীদা পুদুনা চৎনরিবনি।"

" মাইল অমা লাপ্পা মফমদগী নুপীশিংনা শোক্লুবা ঈশিং থক্কদবা পাম্মুদ্রনে? ঐখোয়না থেংনরিবা অৱাবা ময়ামসি কোকহন্নবা করি উপায়নো পুথোক্কদবসি । মুন্না খল্লু নঙ নোংমা মন্ত্রী ওইগদৌরিবনি।"

মোশিল থোইবাগী ৱাঙাঙদা ঙকপগুম নুংঙাইবগুম তুমিন য়েংদুনা লৈ। থোইবা মখা চৎথৈ, " নঙ চহী অমা অনীগী মতুংদা ঐগী ৱাহংশিংসিগী পাউখুম পীবা মীশক ওইহনগে খল্লিবনি। হৌজিক্তগী হৌনা ঐনা নঙোন্দা কন্না হায়গদবসি, মতম পুম্নমক্তা পুকচেল শেংবা মীশক ওইবসিনি। মীয়ামগী হান্না, ইশাগীনা কোন্না খনবা তমসি। রাজনীতিদা পুকচেল শেংবসি চৎনদবগুম তৌবে, মসিবু নিংশিংবা মীদি মঙক্তা ফাঁসি থৌরী হুকচবগুম্বনিবু হায়নৈ। ৱাখলসিনা ফরম্বা মীওই কয়াবু লান্না লমজিংখ্রে। নমথাক তৌদুনা অতোপ্পশিংবু মাঙহনগদবা শরুক ইশাগী থৱায় থাদোকখিবনা ফৈ হায়বগী ফিরেপ কাউনখ্রে।"

" ওজাগীসি রাজনীতিগী ৱা হায়বদু ওইবমাল্লে। মদোমদদি ঐ লাম্লুবা ঙমদ্রি। ঐনা পামজবা অমদি লৈ, লৌউ-শিংউগা মরী লৈনবা ওফিসর অমদি ওইনিংলি। মহৈ-মরোং চাথোক হেনগৎহন্নবা হোৎনবসি পাল্লি ।"

" অদুসু ফৈ,অদুবু অদুগুম্বা ওফিসরনা লাইববা মীয়ামগী সমস্যা কোকহনবা ঙম্লোই। নঙ হকথেংননা রাজনীতিদা চোংশিল্লু,ভোট লেপ্পু। হৌজিক্তগী হৌনা মীয়ামগী কান্নবা থবক্তা পুক্নিং লুপ্পা হৌৎনৌ।"

" অওই হেক তাবীরে।" মোশিল ইকাইজরপ নোক্লম্মী।

"ঐ ৱারেম হৈনদে, মোশিল। নঙ নোংমা শোয়দনা ইলেক্সন থেংনগদবনি,শোৎথহৌরবা মীয়াম্বু থাঙ্গৎপীনবা খোল্লাউপুদুনা অতোঙবদা ফম্লু । মদু ওইরবদি পোকচবগী মহৈ য়াল্লবনি। লাইরববু মাঙহন্নবা হোৎনবা হায়বা থবকসিদগী হেন্না চাউবা মীওইবগী সেবা করি লৈরিবগে? কোনুং সহরগী নুংঙাইবা ঈথক-ঈরাংদা তাওনখিবদগী চীংনুং-মানুং,লোইজি-লোইয়া লৱাই-থৱাইগী অৱাবা উবীবা মীশক অতোঙবদা ফম্বা য়াওদবগুম উরে। লাইরবগী মীচং ফংনবা লাউরম

খোংলম্বা কয়া কোনুং কাখিবগা মচীন হেক্তা থুপচিনখি। নঙ লাইরবা মচানি, লাইরবশিংগী অৱাবা খঙফম থোকই ,মখোয়গী য়াইফনবা থবক তৌরকউ।”

হুং হুং খোঞ্জেলগা লোয়নবা নুংশিৎকী শহুম ফংবদা থোইবা ৱা ঙাঙবা চপ লেপ্লম্মী,অৱাংবা উতোন লান্না অতিয়াদা য়েংঙি অমসুং হায়রকই ,“ ওজা,উচেক লাংমৈদোংনি । মখোয় মরি-মঙা পুন্না পাইরবদি খোঞ্জেলসি থোকই। মখোয়গী য়ারেকফম উজাউশিং য়াম্থুখিবদা কাইদোংফম লৈতবনা কঙাওননা পাইরিবনি।”

খোঞ্জেন্দু থোইবাদা নৌনা থোকখিবা নত্তে,উচেক লাংমৈদোংশিং অদুনা করিনো অমা নিংশিংহনবদগী মহাক তুমিন লৈরুবনি ; কৈরাকপনা মচা ঙাংবীতোনবু ঙাইখিবদু মমা মপা খুদিংমক্তা শরুক য়াবা অৱাবনি খল্লুবনি।

মোশিল থবক অমুক হৌনবা হৌগৎলকই।

“ ওজা,মাঙগী উজাউসি মশা অমুক্তং ককথগে। ”

“ চাউদি চাউইহে, করি উনো?”

“ তলহাওনি। ”

খ্বাংদা য়ানবা পাইদা থাঙ হাপ্তুনা মোশিল কাখৎপা হৌখ্রে । উশা ফংবগা য়োংগী মতৌগুম তাপ-তাপ লামদুনা উতোন লোমখি। থোইবানা য়েংখৎখিবদা মহাক পিশক পিক্লা উরে, কৌবদা তাগদবা মান্দে,মহাক্লা লাউথরকপদসু শোন্না তারে।

“ ওজা খর লাপ্লা লৈবীয়ু, উশা লাক্কনি । ”

ককথরকপা উশা অমমমনা লৈমায় য়ৌরকপদা মতম চঙঙি । থোইবা মোশিলগী থৌনা অমদি কিদবদা থাগৎতবা ঙমদে, মাগী থবক অদুবুদি য়েংবদা তু-মান খ্যাও খ্যাও চুংঙি,খূয়াদা শৌবিং-শৌবিং লাউই। মোশিলগী থবক্তা থোইবানা য়েংলকপা পূং অমরোম ফারগনি,উগী থেগাং ফাওবা ইকোক কোক্লে। উথক্তা ইখং খংনা লাউখিবা তায়,“ ইস ! ”

মোশিল উথক্তগী খৈরোয়গুম য়াঙনা হোৎথরকই,লৈমায়দা থরো-থরো ওল্লরে। থোইবা মথ্বায় ৱানা চেনশিল্লম্মী।

“ মোশিল ! কৈদৌরবগে?”

" ওজা, খোইনা চিকখ্রে, মৈ থাবীয়ু।"

" করি খোইনো? "

" খোইরেলনি, মৈ থুনা থাবীয়ু, ওজাবুসু চিক্লক্কনি। ঐখোয় চেনবা য়াদে।"

থোইবা অকংবা শীংতেক লাংতেক,উনা উশা খোমদুনা মৈ থাগৎলে।

" য়াম্না নারব্রা? "

" ওজা, খাঙবা ৱারে।"চুম্না ফম্বা ঙমদ্রবা মোশিলনা হায়, " ইপাখোয়না লৈফম লোক ৱাংমা লান্না ঐবু পুবীয়ু। মফমসিদা কুইনা লৈবসু ফরোই। "

থোইবানা মোশিলবু পোদুনা খোঙকাপ য়াঙনা চৎলি।

" করম তৌখ্রিবনো?"

" উক্রোংদা শাবা খোইরেল মহুম উহৌদবা। ওজা খবা থুবীয়ু. ঐ নাবে। "

" মফম কয়ানো চীকখিবা?"

" অহুমদনি,অমনা খূৎনমদা,পীশুমদা অমা,খূবোমদা অমা। অহলশিংদি মহু হাৎনবা হীদাক খঙবনি।"

থোইবানা কৌবদগী কোনাই অতোঙবা চীংয়াঙদা চেনখৎলকখি, মোশিলগী মমা অমসুং মচলসু থৱায় ৱানা ইন্নরক্লি। খোইনা চীকপগীনি খঙবদগী মখোয় স্বর হন্দোকই। কোনাইনা ৱাগী উতোংদা ঈশিং খর হাপ্লগা হীদাক মনা থাদৈ। ফিরৈদা যেপ্লম্বা কুবো খচি লৌথোক্লগা হীদাক মনা মহীদা হাপচিল্লম্মী। ঙাইহাক লৈরগা ফিজেৎ অমনা উতোংগী ঈশিং লুপ্তুনা খোইনা চীকখিবা মফমশিংদা তপ-তপ য়ৈরম্মী।

কুইনা ঈশিং থোল্লবগী তুংদা মোশিল চৈনা খর হন্থখিবগুম ফম্বা ঙম্লে,লাইহৌদি লাক্লে। কোনাই থবক লেপ্তুনা মচাবু যুমদা পুরক্লম্মী।

মোশিল নুমিৎ নিনি হিপফমদা য়াতাদুনা লৈরে। লৌ য়ানবা লোইনবা কন্না হোৎনরুবী মচল তেশিল নুমিদাংৱাইদা মমিৎ মমায় পূমঙাং ঙাংনা কারকই। থোইবানা মতৌদুদা চিংনদুনা হংলুবদা মশা কয়া নুংঙাইতে খুন্নকখি।

অহিং থেংলক্লবদা মপান্দগী কৌরকই।

" ওজা ওজা, তূম্বীরিব্রা ?"

থোইবানা মোশিলগী খোঞ্জেল খঙিঙ, " কনানো, মোশিল্লা?"

" মানি ওজা, অমুক্তা হৌগৎপীরকউ ।"

" করি তৌনবা য়াওরবগে ?"

" ওজা, তেশিল চোইরোল লোল্লি । মশাসু মৈগুম শাই । "

" চাক্তি চাখিব্রা ? "

" চাখিদে ওজা ।"

" থবকসি খর শূমনখ্রেদা ।" থোইবা ঙাঙনা ঙাঙনা থোরকই , " করিনো তৌগদবা ? "

মোশিলগী তুংদা থোইবা ইল্লক্লে। ঙাইহাক্কী মাঙদা অকনবা নুংশিৎকা লোয়নরকখিবা নোংনা পোপথোকহল্লবা অমাং-অশোই, ওকথী-য়েন্থী মনমদা মহাক চনীং তানা স্বর হোনবা ঙমদে । থানা কুপ্পা লৈচিলনা মায়কৈ মরিমক লৈতেম মান্নবা তম্পাক্লুম উহল্লে।

" কনা কনা লৈহৌই ? " থোইবা মী খরগা তাননিংবনি।

" খুনপু কৌরুরে । "

" হীদাক পীজব্রা ?"

" মানদি লাইওক্লবনি, পম্থোংদা য়েন অমুবী অমা হাৎলগা লাইচাক থাদোক্তুনা ইরাৎলবদি ফগনি হায়রি। তেশিলদি খৃষ্টিয়ান ওইবনা তৌহন্নিংদবা ।"

থোইবা ইমুং চঙলকই। কোনাই উচান মৈরা নক্লা খুনপুগা মরু লুক্লা ফন্নম্মী। তেশিল হিপফমদা লেঙদনা লৈ।

" তেশিল, ইবেম্মা তেশিল," মখূৎনা লাইবক্তা অশাবা য়েংলগা থোইবানা কৌই । " নমিৎ অমুক্তা পাংথোকউদনা।"

তেশিল মমিৎ খজিক্তং পাঙথোক্লম্লগা অমুক উইশিনখি,ব্রাখল য়াওদবগী মওংনি। থোইবানা অনাবগী ফিভম য়েংবদা মেলেরিয়া ওইরম্নগদবা মাল্লি । ডাক্তরগী অথুবা লায়েং ফংদ্রবদি শোয়গল্লি হায়বা তাখ্রবনি । মহাক ঙাইহাক খল্লগা হায়, " ইপা, অনাবসি তম্পাক্কী অচৌবা হোস্পিতালদা পুসি ।"

কোনাই নুংশা থীরে, " করম্বা লায়নানো, করম্না পুগনি ? "

খুনপু মঙক হাই, থোইবাগী ৱাফমদা য়ানিংদে," মাগীসি লাইগী নুংশিৎ য়াওরি, থৌ তৌরগা ফজখিগনি ।"

খুনপুগী ৱাদু থোইবানা তাদবগুম্মি," মোশিল পাখং মঙা থিরু।"

মোশিল থৌনা ফবা ঙমদে,হায়রকই," লৌ কন্না য়ান্নবা মতম ওইবনা কনাসু য়ানিংলোই।"

" করিগী, অসিবু তেশিলদতা থোক্কনি হায়বা লৈব্রা ? তেংবাংনবা হায়বসি হিংমিন্নবগী শরুক অমনি। অৱাবা কিনবা য়ারোই, অমাঙ অতা থিনগদবা মতাংসু নত্তে।

..."থোইবাগী ৱাফম্না মোশিলদা থৌনা খর হাপখ্রে।

নোংঙানবগা কৈরাং শাবা লোইবে। মোশিলনা লুচিংদুনা পাখঙ মচা তরুক্না অনাবা পুবগা তম্পাক চৎপা তারে। মখোয়না তৌরুগদবা থবক থোইবানা মুন্না শিন্নখি। লম্বীদা পনবা থোক্লবদি চানবা চেঙ খরগা ফি-বোল খরগা লোয়নদুনা মখোয খোঙশানবা হৌই। ৱাখল চাউথোক্ল বা ৱারী তৌদুনা থোইবানা মখোয়বু পন্থোং ৱাংমা ফাওবা থিন্দোক্লম্মী।

মোশিলগী মমা নুংশা থীবনা নারে, লৌ চৎপা ঙমদ্রে। কোনাইগী ল্লৌ য়ানবগী থবক থোইবানা নুমিৎ মঙানি পাংলগা লোইশিল্লম্মী। তেশিলগী পাউ তানিংবনা খুঞ্জা অয়াম্বা লাংতক্লে ; মহাক্কীদমক শীংলূপ্না চর্চতা ঈশ্বরগী মফমদা হায়জৈ।

নিপান্নি শুবা নুমিৎকী নুমিদাংৱাইদা মোশিল চৎমিন্নখিবা পাখং মচা মরিগা খুন্দা থুংলরে, ময়াম্না খৌরাংনা ঙাইরিবা পাউ তন্লে।

" তেশিল য়াম্না ফগৎলে, চাক খর খর চাবগা লোয়ননা মথন্তা মপান-শিংবান থোকপা ঙম্লে। মখোয় অনীবু সেবাগীদমক থন্নন্নগা ঐ শেল লৌবা লাকপনি। নহাল খর লোয়নবদু তম্পাক য়ৌবগা জীপ অমা ৱাইবা, হীদাক লৈবা অমদি ঐখোয়গী চান থক্লবা লাংবদা লোইখ্রে। অনাবগীদমক্তংদি নুংশা থীনিঙাই ওইদ্রে,ঐনা হনখিবগা পুরক্লবা তৌরগনি ।"

খুলগী মীয়াম হরাওনৈ। তেশিলগী মমা নুংদা খজিক্তং নোকখিবা উই। কোনাই শেলগী মৈশা লাংবা হৌরে। থোইবাদা লৈরম্বা খরনা

কোন্নররোই উবদগী থাজবা য়ূম খন্দুনা পূবা চেল্লি। উচিন-নাচিন খূৎতা লূপা চামা লৈরবদা মোশিলবু নোংঙানবগা হলহনখিনবা থৌরাং তৌরে।

নুমিদাংদা থোইবাগী য়ূমদা মোশিল লাকই, ৱারী তৌরৈ।

" ওজা, লাইরবা, শঙ্গ লৈজদবা ঐখোয়সি তোনখ্রেদা।"

" কৈদৌরে মোশিল ?"

" ঐখোয়গী অনাবদু বেদ ফংদবদগী বেরেন্দাদা লৈহৌরি।"

" অসুক কুইবসে? নখোয়না কদায়দা লৈরিবা?"

" ঐনা অনাবগী মনাক্তা, অতৈদি ধর্মশালাদা।"

" করিগীনো অনাববু মনুংগী বেদতা লৈহন্দ্রিবদি?"

" খঙদে ওজা,অমা হাঙবগা অমা লৈরৈ,ঐখোয়বুদি খক পুশিনবীদে। "

" ডাক্তরদা হায়দব্রো ?"

" চাম্মরক্কি। ঐখোয় বর্মাগা তাইনবা চীংনুঙগী অথাপ্পা খুন্দগী লাকপনি, নুংশিবীয়ু হায়জৈ। ডাক্তরশিংদু ফত্তেদি হায়নিংদে ; তেশিলবু থৌশাবীদবা তৌদে। মনুংদা লৈগে হায়রবদি মন্ত্রী উনরু, হায়হল্লকউ, চে ইহল্লকউ হায়না ডাক্তর অমনা তাকপদগী ঐ চৎলুবনি। "

" উনরকপ্রা ?"

" উনৈ, করিসু কান্নদেদা ; ঐখোয়গুম্বগী ৱা খনবীবা মীতা নত্তে।"

" করি হায়রক্লিবা ?"

" চে ইবা ঙল্লোই, অতোপ্পা মেম্বর , সেক্রেটরীশিংগী মী ফাওবা বেদ পীবা ঙমদ্রে, ৱানা ৱানা খাঙবা তারে অসিনি। অচৌ-অশাংশিংদি ডাক্তর নক্না লৈ, ময়ুমদসু ডাক্তর কৌদুনা লায়েংহনবা ঙম্মি,ঐখোয়দি নুমিৎ নীনি কৈরাংদা অনাবা পুরক্লবা মতুংদা জীপ্পা অমুক য়ৌরক্লবা হোৎনবদা য়াম্না ৱাজরে, নুংশিবীয়ু হায়জরুবদা অরেম্বদা মরৈ তৌদুনা মতম মাঙহল্লে হায়না চৈরকখি। ঐসু অদুম পেন্দনা থোরক্লে ।"

" মমিং করি কৌবগে মন্ত্রীদুগী ?"

" নিংথেম্ হায়বগুম তৌই। "

" অদুনি মোশিল, শোৎথরবশিংনা মফম খুদিংদা থেংনরিবা অৱাবসি।"

" ওজা, ঐঙোন্দা ব্রাখল অমা ফাওরক্নি।"

" করিনো ?"

" ওজানা তাকপীখিবগুম ভোট লেপ্লিংলক্লে , মন্ত্রী অমুক্তং ওইগে খল্লে।"

" সাবাস ! অদুনিদনা। ঐনা হায়খিবশিংদু নঙ নিংশিংলক্লে।"

নোংঙানবগা মোশিল মথন্তা তম্পাক কূমখি, হোস্পিতালদা লৈহৌবা নহা অনীগা লোয়ননা তেশিলবু পুরক্লগনি হায়রম্মী।

# ২৫

চীংলৌগী ফজবনা অউবা খুদিংমকপু ফাদুনা থন্বা মতম লাক্লে। তাইবং মীওইবতা নত্তনা পোম্বী চেক্লা, কুরাক, খোইমুনচিংবা ফজববু শীংথাজবা জীব পূম্নমক্কা মঙোন্দগী লৈথোক্লিংদবা,শুমহৎপা শকফম,পুরবনি। থোৎ-নৌনা, মকা তাম্না ইনখৎলকপা ফৌনা নাপৌনা তাংথক কারকপা মালং-ঈপোমদা তান্থা চানা জগোই শারকপবু য়েংনিংবনা চীংজাউ পূম্নমক মঙক থাঙ্গৎলক্লি ; মখোয়সু কেবা ফজবা তান্নগে চোংথোরকপগুম উই । লাংবন থা চৎখিগদৌরে মাবুসু উহলহৌদবা য়াদে মতাগুম সনারৈ অমদি হাওরৈ শাৎপা হানবা তান্নরক্লে। লৈহী থিবা খোইয়ামগী তিনফম ওইররবদা, নুংশিরবা খোঞ্জেলনা পূম্নিল নিল্লি । মতৌ অসিদা উরিৎ মোংবশিং মথূম-মরাঙ হৌনৈ । চরোই-শেম্বাংশিংসু ফৌদোন খেৎনা জগোই শাই । ময়ামসি উরুবদা থোইবাগী পুক্লিং ঈথক হৌরক্লি ।

য়ূমথোং হুম্ফুগী পূন্না লৈবা লৌকোনগী মথক ইথং থংবদু মৈত্রম্বুগী লৌনি , মচিদা লেপ্তুনা থোইবা ঙমখৈ চাউবা লৌকোনবু পন্দুপ খায়না য়েংলকই । উমং ওইরিঙৈগী শক্তমদগী হৌজিক্তি য়াম্না ওনখ্রে । লন্না লন্না লৈবা শঙশিংদগী খোংলকপা হূই-য়েনগী খোঞ্জেল তারগা লৌখুন্দা মী লৈনরি খঙলবসু মশক্তি অমত্তা উদে, ইহাঙ হাঙবগুম তৌই । তুরেল মচাশিংদা ঙা ফাবা মতম্লি হায়বা নিংশিংবনা মহাক কা হেন্না ঙকখিদবনি । হুমাং তানা মখূৎমক্লা য়ানখিবা কোনাইখোয়গী লৌ মপা য়েংদুনা মহাক

তপ্না কূমথরক্লে । অশংবা ফৌরক খাইনা চৎলিবা লম্বী মচাগী নাক-য়েৎতা শাৎপা হৌরকপা হাওরে অমসুং সন্যারে মখূৎনা নাল্ল নাল্লদুনা লাকলিবা থোইবাবু তেশিলনা শঙনুংদগী মপান্দা চেন্থোক্লুনা কৌরম্মী ।

" ওজা, ফজদব্রনে লৌকোনসিবু ?"

" লাংবনগী থায়াইদা মরিং পামলৌ মরক খায়না চৎলুদ্রিবা মীনা মহৌশাগী করি ফজবা উখ্রবগে হংনিংলল্লিবনি । অসুক কুইবসি মসিবু য়েংদনা লৈরম্বা ঐগী য়াম্না মাঙজরবনি । "

মথং মথং থোরকপী লৈশাবী অহুমসু তেশিলগী নাক্তা লেপ্তুনা থোইবাবু তরাম্না ওক্লবগুম নোক্লকই । তেশিল তাঞ্জা মাঙদনবা মখা ৱাহৈ থিখি ।

" ঙসি থাজদনা লৌ-য়েংবা লাকপদি কনা কনানো নিংশিংলক্লমগদবা মাল্লিদা ।" মতাশিংনা খঙদবা তেশিলগী ফাগিনি, অনীরক ওৎখিবা মিৎনা থোইবাগী মশা পূম্বা কুপখি । " নৎত্রগা লম্মাংনরকপ্রা ?"

" লৌকোনসিগী ফজবনা লৈতেংলবী নীংথিবী অমনা ঐগী নিংশিংববু নমথবা ঙমদ্রবদি মাবু থাগৎলুবগী করি কান্নগনি ।" থোইবাগী ফাগিনা কোচিগুম কোৎলুবদা তেশিল লাংতক্লরপ উই ।

" তাবা হৈবা পূম্নমক হরাওবনা ঙাওনরগনি ।" পাউখুম পীখ্রে খন্না তেশিল ফল্লপ অমুকসু য়েংলগা কৌশিল্লি , " লাকখো শিংজু চাখিসি।"

" এঃ ঐদি হয়িংগী খেনফমদা লাক্লেনা ।"

" লৈহী চেন্দ্রবা লৈরাংলক্তা হায়যুদা ।"

" কঙাওনবা খোইমুদি মফম খুদিংমক্তা ত্নাল্লিংবনি ।"

শঙ ময়া নক্লা তাবা নুঙপাক অমগী মথক্তা তেশিলনা লা অমদা থবী মশুং অহুম অমদি মরোই মচল সুনা হাপ্পবা পোং হৱাই শিংজু থম্লে ।

" হেমানা পীবনি খল্লগা চাও, মোসোফিগীনি খল্লগা হাওহল্লু ।" হন্দকসু তেশিলগী মীনোক মরোল পুই ।

" তেশিল নঙ অমনে, মিংশিংদু করিগী কাউদে ?"

" কাউবা ঙমদনা লৈরবা মীগী মফমদা নিংশিংলুবগীদমক চৈবীবদি

ফরোইদা ।”

“ ঐ নঙবু চৈগনি, য়ানিংদবনি, তুংদদি পল্লক্লনু । নঙোন্দা ঐনা অশেংবা ৱারী লীথোকপগীদমক খুদোং চাবা লৌবসু ফত্তে । হেমাগী মিংনা ঐবু কল্লক মৈশা ফাওহল্লগা, মোসোফি পন্দুনা ঐগী থম্মোয় ৱাহল্লগা নঙগী করি তোংজবা ফংঙি ? মী নোক্লগনু, চুরুংবা থুবনি, কলিদা খুদৈ কংবা নংদে হায়নবা তাদ্রা ? অদুবু, ঐনা নঙগীদমক্তদি খাইনা মৈশা মশক খঙদবা তাইবংদা নিংবা থুংবা মীশক ওইহনবীনবা ঈশ্বরদা হায়জরি ।”

“ নীংবীবদা পুক্লিং চঙবীবগুম থৌজালসু পকপীরবদি নিজবা কনাগী ফিগাউ হাঙফম থোক্তে ।”

নোংথাংগুম থুনা য়ৈরুবা তেশিলগী মিৎচি ইকাইবনা ফাজিনখি । থোইবা নুংদা খোইশাওনবা অমা য়াওরি । থুপ্তুনা থল্লি খঙনা চিংথোক্লুবা তেশিলগী ৱাখলগী মশেক্লা য়ৈরকপদা মশাবু মাংহঞ্জরবগুম ইচোক চোকথৈ । তেশিলবু মচল-মচাগুম লৌরুবগী মথক্তা মহাক্কী থম্মোয় নুংদা অতোপ্পা নুংশি নুংওনগী মমি তাফম লৈত্রে খল্লকখ্রবা থোইবা পেঞ্জদ্রে; মতাং চাবা মফমদা থেমজিনগে খন্দুনা মহাক তুমিন্নদি লৈনিংলি। তঙাংলবা চীনবান অনীনা কৃপ্পা অঙৌবা য়াতোন উৎনা তেশিল নোকফেৎ তৌরম্লগা লুকথখিবদা মরাং কায়না য়াম্লবা শম্লাংনা হাই-হুম্লা মাবু ইকাইবদগী কনবদা মীচং ওইখ্রে । চীং-থরাউ মকু অমদি খোইনিং মতুনা শেন্বা নাচোম হাই-হুম্লিবা নাপ অনীমক্কী মথক্তা সনারৈ অমসুং হাওরৈ ঙাল্লি । লাইবক্কী মথক্তা ফৈনা থেৎলিবা নোংইন মতু অনীনা নুজাগী ফজবা হেলহল্লে । থোইবা মহাক্কী পুক্লিংগী ৱারোল খজিক্তংদি খঙহন্নিংলি।

“ কুম কাংলবা হৈকোনগী ইকাইজবা নঙ খঙদে, মঙোন্দগী করি উহৈ আশা তৌরুনিঙাই লৈ ?”

লৈশাবীশিংনা মহাক্কী ৱারোল ফানবা হোৎনরিঙৈদা থোইবা ৱাফম অমদা চোংলকই, “ তেশিল, কুমসিগী লৌকোনসিদা কনাগীনা খ্বাইদগী হেন্না ফৌ ফবগে ?”

“ ফত্তববু ইয়াও য়াওদে, ঐখোয়গীসু ময়ামদগী তাদে ।”

“ ঐনা খঙনিংবসি খ্বাইদগী ফবদুনি ।”

" কোয়না চৎতুনা য়েংলুদ্রে ।" তেশিলগী পাউখুম হৈনিংদে ।

লৈশাবী অমনা হায়, " ওজানা য়েংবীরুরগা ঐখোয়দা তম্বীররো ।"

" হোয়, চুম্মি, " থোইবা হৌগৎলি," লৌ য়েংবা লাক্লবদি মদুসু খঙলগা হনফম থোকই । "

শঙনুংদা হৱাই মকু খোক্লিবী মতাশিংগী নাক্তা তেশিল চঙখ্রে ।

থোইবা শঙগী নাকল লম্বীদা চৎখি । লোক অমগী মথংদা লোক অমা, চীংমায় অমগী মথংদা চীংমায় অমা অদুক য়াম্বা লৌফম হুম্ফুবু নোংমগী মনুংদা কোয়না চৎতুনা য়েংলুবা লুনা থোক্কনি হায়বা মহাক খঙদবা নত্তে । চহ্রাও, চয়্রিন অমসুং মুম খোমিৎ হাল্লকপগী নুংশিবা মনমদা তেকখৎলোইদবা কনানো ? মচু মচুগী সনারৈ অমসুং হাওবৈ পরেংনা মহাক্কী পুক্লিং তোয়না ফারি । ফৌরক্কী লম্বী মচা অমা ইন্দুনা অসুম হায়গৎলকপদা অতোঙবা চীংমায নাপোমগী লৌফম অমদা মহাক থুংলুরে । মায়কৈ মরিদা পাক-চাউনা শন্দোকখ্রিবা লৌকোন্দা লৈ লৈদুনা মহাক য়েংবা লেপ্লে । মশা-মরেং লোম্লবা অমুবা শক্লোন ওইখ্রবা উজাউ কয়ানা চপ চপ লেপ্তুনা লৌ ঙাক্লি । মখোয়গী মতোন্দা তোংবা উতুবী, চোঙারাবা, তেনৱামানবীনচিংবা ফজবগী নাপল লৈজবা চেক্লাশিংনা লৌকোনগী লৈতেং ওইহ্রি । ফৌরক্কী লম্বীশিংদা পরেং পরেং শাৎলিবা হাওরৈশিংনা মিৎয়েং তোয়না ফারবদা থোইবা চপ লেপ্তুনা শৈথারকখি।

ৱাংল' লোইবী নাপোমদা
চিক্ল' পাম্লৌ মরক্তা
থানিল তরুক নোকমিন্না
থাশি তরুক কপমিন্না
কিগন্দবী 'খাঙ কনবী
ফজ' 'পুম্বনা তিল্লবী
হাওরৈনা শাৎলি হরাওনা ।
অচিকপতবু থিজবা
তাইবংবুদি থাদবা
মীনুংশিনা থল্লবা

চঙজবদা হরাওবা
অপিকপা লৌতাংশঙগী
মরুপ ওইনা পুন্সিগী
হাওরৈনা শাৎলি হরাওনা ।
জগোই পাম্বা মালংদা
লৈনমদা ঙাওবা কোরৌদা
হংলি লোইবী চীংজাউনা,
" ফজবা হেল্লি কনানা ?"
লোৎতনা খুম্মি পামলৌনা,
" লৌথুপ লৈতনা শাৎপনা
ইথোই থোইবীনি হাওরৈনা ।"
পাম্মু খোঙদোইরকপদা
নুংশি ঈহৌরকপদা
তথক্লবী নুরাগী
থাজ ঙম্বী চেংলৌগী
চান্ন' মরুপ ওইরুরে
নুংশি চিরোল তারুরে
নুজা নাপদা লোৎতুনা ।
খল্লুদে অসুম ওইনি ।
মতম' মা থুংলরনি ।
শংল' লৌবুক মুৎখিবা
কল্ল' লৌশঙ কেমখিবা
কনানসু য়েংবীদা
কুমওন মানা লাকপদা
চাক্লা মাঙখিনি হাওরৈনা ।

নুংনাংবনা থোইবা তোঙানবা তাইবং অমদা নাইতোম তারুবদগী অকোয়বদা অমুক য়েংবা হৌরকই । ফম্লম্বদগী হৌগৎলকপদা মখা ইথং থংবা লৌগী মৌবী শম্বল লিৎতুনা নুপী অমা অৱাংবা ফৌরক্তা তহা তহা চঙখ্রগা ফমথখিবা মহাক্লা শেংনা উখি । ফনা কুইনা য়েংবদা নুপীদু

হৌগৎলকখিদ্রে। মহাক্কী মতুংদগী মী নৎত্রগা জীব অমত্তা ইল্লকপা উদে। লাউ খোংবগী খোঞ্জেল তাখিবসু লৈতে। ফিভমদুদা থোইবা ঙক্কবা ঙমদে, মরমসু খঙনিংঙি। মহাক য়াম্না থুনা মফমদু য়ৌনবা কুমথরম্মী।

মীরেপ থুম্না, কুঙনা থানা, ঙাম ঙাম শাৎলবা চহাও ফৌরক্তা লোৎলিবী নুপীদু মশক উবা ফংদে, মপাদুদগী হেন্দোকখিদ্রি হায়বদি থোইবানা লেপ্লি, মরম খঙনিংবনা নকশিল্লুই।

" হো কনানো? কবিগী লোৎলিবনো?"

" ঐ লাইবক থীবীনি, ঐবু কনবীয়ু।" ফৌরক্কগী নুপী পাখৎনা হায়রকই।

" নঙ কনানো, হান্না তাকখো।" থোইবাসু ফিংলপ হায়।

" ঐ বর্মাগী অথাপ্পা খুল অমদগীনি। ঐবু নুপা অহুম্না তান্নরক্লি, মখোয় য়ৌরক্লগনি, ঐবু ফাগদৌরি, যাদ্রগা হাৎকনি।"

অৱা নুপীনা মৈভৈলোল থোক্কদ্রা হায়বা ঙাইহাক খল্লুরগা থোইবানা হংনি," করিগী? নঙনা করি লানখিবগী?"

" ময়ম কোন্না তাকচগে, ঐবু হান্না কন্ননা তৌবীয়ু, ঐ অসিদা লৈ হায়বা গঙহনবীগনু।"

ৱাফম খর মখা তানা হংনিংলবসু ঢেকশিন থৌরাঙ লৌখৎফম থোকই খন্দুনা নাক য়েৎ লৈদুনা য়েংলগা থোইবানা হায়রম্মী, " নঙ ফৌরকসিদগী হৌগৎলক্কনু। ৱাফমসিদি তাকউ, নঙনা মপা অসিদা কাখৎলকখিবদু মখোয় উহৌব্রা?"

" উরম্লোই, মখোয়না ঐবু খক উবা ফংখিদে। য়াম্না লাপ্না চীংথক্কগী ঐনা তাল্লকপা মখোয় অহুমবু উখিবতনি। লৌবোনসি য়ৌগদবা য়াম্না ৱালিঙদগী ঐ লম্বী থাদোক্লগা মৌবী মরক্তা লিংতুনা লাকপনি।"

" অদুদি ঐনা নঙবু লৌবা লাক্লিবা ফাওবা লেঙদনা লৈরম্মু।"

থোইবা মথকলোমদা থুনা-য়াঙনা কাখৎলম্মী। খ্বায়না চৎনবা অকোকপা লম্বী ইন্দুনা তাল্লকপা থোক্লবদি মীশিংদু ভেশিলখোয় শঙ মপাদা ফাওগৎলকফম থোকই খন্দুনা মহাক লাকখিবনি। মহাক্না শঙ য়ৌরমদাইদা উমংদগী মখুৎতা থাঙ পায়বা নুপা অহুম ফুৎ ফাওগৎলক্লে। শঙনুংগী লৈশাবীশিংনদি মখোয়বু উরম্লোই। মহাক্না শঙ য়ৌশিল্লকপগা হুমাংনা

লুপ্লবা মাঙ থংবা নুপানা লাউরকখি, " নুপী উব্রা ?"

অয়াকপা খোঞ্জেল তাবদা শঙনুংদগী লৈশাবী মরি চেন্থোরকপগা থোইবানা খুম্মি, " মখোয় মরিসি নত্তনা অতৈ উদে, কনা নুপীনো ?"

" খোংজাই লৈশাবীনি, মথন্তা চৎখিবনি ।"

" কদাইদগী , মথন্তা চৎখিবনা করিগী ?"

" ঐখোয় বর্মাগী মীনি । ওরাং অহিং য়ূম থাদোক্লগা চেনখিবনি, লম্বী অসি ইনখি হায়না তম্লরক্লে । নখোয় তশেংনা উদে ?"

" ইবুংখোয়, নুপী কনাসু লম্বীসিদা লাক্তে, ঐখোয় লৈবা কুইরে ।" তেশিল অশেংবা হায়বদা ঈচং থৌই ।

" মখাদা লম্বী অনী লোঙঙি , য়েৎলোমদা খাইখিবদু করি খুল তাবনো ?"

" নারুম-য়োংখুল য়ৌবনি ।"

নুপা অহুম ফমদুনা ব্রা তানৈ । অমদি ফুক হৌগৎতুনা নিংবা কায়না শাওবা উৎলি ," ঐখোয় মাবু ফংনবা থিগনি, মাবু লোৎলগা থম্লবা হোৎনবা মীদু ফরোই ।"

লৈশাবীশিং থৌনা লৈনা হায়, " ঐখোয়না শেংনা হায়জরি, নুপীদু অসোমদা শুক্লাক লাক্তে ।"

" চহী কয়াগী লেংগানো নুপীদুবু ?" থোইবা খঙনিংলম্বনি ।

" লৈশাবীনি হায়রিবসিনি।"

" করি মরমগীনো মহাক্লা য়ূম থাদোক্তুনা চেল্লিবদি ?"

" লমহেনবী ওইবগী।" খোংজাই নুপা শাওনা মমায় লৈথোকখি।

নুপা অহুমদুগী তমথীবা অমদি মরুপ ওইদবগী শকফমদা থোইবা মখা হংথনিংদ্রে । লৈশাবী মরিসু হঙ্গোয়রকপগুম উই । মখোয় য়ূমদা কাননবা থৌরাঙ হৌই । চিংনবা কোক্তনা পৈরপ পৈরপ য়েংলম্লগা কূমথখ্রবা অহুমদুগী থাঙশাংদা তারমদাই নুমিংনা য়ৈবদা মশেক-মঙালনা পুন্নং লংঙি ।

খোংজাই অহুম্না থিরকপা নুপীদুগী মরমদা ভাবনা শাবা ব্রাফম কয়া খন্ন খন্ননা তেশিলনা মাঙ চিংদুনা থোইবা য়াওনা লৈশাবীশিংদু কারকখিবা পুং অমরোম ফারক্লে, নুংশা মঙাল উখিদ্রে ।

" অসুক শাংবা লম্বীসিদা নুপী অমনা মথন্তা চেল্লকখিবনিনে ।" লৈশাবী অমা মথ্বায় ব্রানা শোল্লি।

"লম্বীসিদগী হেন্না খুদোং থীবা মফম অমা মাগী ব্রাখলনা উরমগনি, অদুনা উমং-ব্রামং চীং-তুরেল লান্দুনা মথন্তা চেল্লকপা ঙল্লিবনি।" অতোপ্পা লৈশাবীগী মতনি ।

তেশিলনা খঙনিংবা লৈ, " নুপা অহুমদু য়োংখুল্লোমদা চৎলমগদ্রা ?"

" চৎলবসু অতোপ্পা মীনা ফাবীরগা মখোয়গী মখূৎতা শিন্নবা নত্তনদি ফংবা ঙল্লরোই ।" অহুমশুবী লৈশাবীগী হিসাবনি। " লুরিবদি বর্মা নুপী মাগী খঙনা চান্নবা মণিপুরদা কনা লৈরমগনি ?"

" শাগৈদি নুংশিনা ওইবনি।" তেশিলনা কোমথোকহল্লি ।

" নুপাশিংদু য়াম্না তমথীরমগনি ।"

" কিজেবো, নুপীদুবু কন্নবা হোৎনবা মীবু হাৎকদৌরিবনি ।"

মাইল অনী হেন্না কারক্লম্লগনি , অঙৈংবা নুংশিৎনা য়ৈররে । তুং ইথং থংনা ব্রা ঙাঙদনা লাকখিবা থোইবাগী মখোঙ অসুম অসুম লূমথরকখি , লাউরকই , " ইহে ! ঐগী কলম কাউথোক্লম্লে, ঐনা ফল্লম্বা অতোঙবা মফমদুদা লৈহৌরেদনা ।"

" য়াম্না লাপখ্রেবো ।" লৈশাবী মরি চপ লেপ্তুনা মখারোমদা য়েংথৈ ।

" নখোয় চৎলম্মু,ঙাইরম্লগনু। ঐ থিরুখিগে।" থোইবা চেন্থখি।

খাম্লিংলবসু লৈশাবীশিং কাখৎপা হৌখ্রে ।

থোইবানা মৈত্রম্বুগী লৌজিন য়ৌরকপদা খোংজাই নুপা অহুম শঙ অমদগী থোরক্লগা অতোপ্পা শঙ অমদা চঙখিবা উরম্মী । মহাক চেকশিন্না উগী মরুম অমদা ফমথৈ । মখোয় নুপীদু থিরি , মখা ইথং থংবা শঙগী মমাঙদা লেপ্লগা নুপা মচা অমদা করিনো খর হংখি । মফমদুদগী মখোয় ফৌরক্কী লম্বী অফৈবদা য়াম্না থুনা চৎখিরম্মী । নুপীনা লোৎখিফম চহাও ফৌরক্কা নক্লনা লেপখ্রে । থোইবাগী মীহুল কনখৎলকই, নুপীদু করম্না কনসিগে খল্লম্মী । খোংজাইশিংদুনা মখোঙ থাংবা হৌরকপগা মহাক্কী লেপ্পুরবা স্বর তপ্না তপ্না হোল্লক্লে। মখোয়না উমংদা হায়থখ্রবদা মহাক

অকুৎপা লোক লম্বী ইন্দুনা তপ্না কূমথরম্মী । অমম্বনা উকল ওইরবদা মহাক লৈশাবীনা লৈখিফম য়ৌরক্লে।

" ইবেম্মা ।" থোইবা তপ্না কৌই ।

নুপী মচাদু মফম লেঙলমদ্রি,মথ্বায় ৱানা হৌগৎলকই ।

" ইবুং ঐবু কনবীয়ু, ঐ লাইবক থীবীনি ।"

" তপথৌ ইবেম্মা ।" থোইবা ৱাশকপগুম হায়, " ঐনা নঙবু খুদোং থীবদা তাহল্লোই , চৎসি লাও ।"

" কদাইদা চৎকনি ? মখোয়না ঐবু শোয়দনা থীরকখিগনি।" লৈশাবী চিংনরি ।

" কিগনু । নঙবু কন্নবা হোৎনবদা ঐগী থৱায় থাদোক্কনি । অদুবু খুদোংথীবদগী নাম্থোক্লবা চেকশিনবদি ফে ।"

" ইবুং, ৱাফমদুনি ঐনা হয়জবা ।"

" মখোয় হনখ্রে,খুন্দা চৎসি ।"

" ইবুংদি মরিং মান্দে, মৈতৈরা ?"

" উম, ঐ মৈতৈনি ।"

" ইবুংগী ৱা খুলনা ইল্লোই। মখোয়দু শোয়দনা খুল য়ৌরকখিগনি। মখোয়গী খূৎতা ঐবু খুলগী মীশিংনা শিন্নবীগদ্রা কি । ইবুংনা নুংশিবীদুনা ঐঙোন্দা অনকপা খোংজাই খুল য়ৌবা লম্বী অমত্তং তাকপীয়ু, ঐ চৎচখিগে।"

" মরিং, খোংজাই, মৈতৈ করিগী অদুম্না খাইরি ? হৌজিক নঙগী য়েক্লবসি খোংজাই নুপাশিংদু নৎত্রা ? খুলসিগী মীশিংনা নঙবু শোয়দনা কনগনি থাজৌ । মীনুংশি হায়বদুননি নঙবু কনগদৌরিবসি, কাঙলুপ্না নত্তে ।"

চহী তরানিপালগী লেংগা ওইবী লৈশাবীদু মপোপ-মতাং ফৈ । ৱাংঙি, কুচু ঙৌই,মমিৎ লাওনা লুই । চীনবান অমসুং নাতোন অনীমক রাশি পকই । কন্না লৈশিন্দুনা পুনবা শম নাম্থোক্তনবা অশংবা রুমাল অমনা চেৎনা লাকশিল্লি । মখ্বাংদা য়েৎলকপা অমুবা মচুগী ইন্নফি তপ্না লৌথোক্লগা থোইবানা লেপ্লিবা মফমদা মহাক কাখৎলক্লে ।

নুপী মচাদুনা হায়খিবা ৱাফম মুন্না খল্লগা খুঞ্জা অমত্তনা উখিদনবা

অশোংবা উরক লম্বীদগী কোইনা লাক্লগা থোইবানা মহাক্কী লৈফম শঙ মপাদা ফাওগৎলম্মী । লৈশাবীদু মহাক্কী শঙ মনুংদা লৈহল্লগা মপান্দগী থোঙ লোন্দুনা মহাক তেশিলখোয়গী য়ূমদা লাকই, হল্লক্লে তাক্লবনি ।

" তেশিল, হো তেশিল, নখোয় য়ৌরকপা কয়া কুইরবগে ?"

" কুইদ্রি, ওজাবু ঙাইনা ঙাইনা লাকপনি । অমম্বদা নথস্তা ? ঙসিদি ঐখোয়গীদা চাক হাপ্লে, থোংলুরনু ।" তেশিল ইমুংদগী লাউরকখি ।

" এ ঃ ঐদি থোঙ্গৎলপ্লে ।" থোইবা থৈনবা হোৎনৈ ।

" মৈতৈনা মরিংগী খূৎসি চানিংখিদ্রবোই ?"

" নখূৎপু করম্না চাগনি ।" থোইবা নোক্লম্মী ।

থোইবানা হল্লকপদা অমম্বা শঙ মনুংদা নুপীমচাদু তুমিন্না ফম্লল্লি , ঈশিং পীদুনা মখোঙ-মখূৎ হামহল্লগা মহাক্কী হিপফমদা পোৎথাহল্লি। থোইবানা খুদক্তা থোংখিবা চাক লোইরবদা নুপী মচাদুবু পীজরে ।

চোকথরবী লৈশাবীদুবু মহাক্কী হিপফমদা তূমহল্লগা থোইবা পয়া ফক অমা লৈমায়দা থাদুনা তিংথোক্লম্মী । ফিভম অসিদা মতম কুইনা লৈবা য়ারোইদবনিনা মহাক ৱাখল তৌই ,ৱাফম খর খঙদবা য়াদ্রবনি খল্লকই ।

" ইবেম্মা, নঙগী মিং করি কৌই ?"

" নেমখুনিং । নেমসু হায় । মৈতৈশিংনদি লেম্বী কৌই ।"

" ঐসু লেম্বী কৌগে । ইমা-ইপাদি লৈরিব্রা ?"

" অমত্তা লৈত্রে ।"

" ইচিল-ইনাওশিংদি ?"

" ইচে অমা লৈরম্মী, শিখিবা কুইদ্রি ।"

" অতৈ নক্লবা মরী-মতাশিংদি ?"

" ইখুড়া অমা লৈরি ।"

" মহাক্তি কদাইদা লৈ ?"

" বর্মাগী লমদা লৈবনি ।"

" নখোয়গী খুলগী মিংদি করি কৌই ? কদাইৱাইদা লৈবনো ?"

" তোংবুলা কৌই, মাক্লং মপান্দা তাবা খুলনি ।"

" অদুদি নঙ মফমদুদা পোকপা নত্তে ?"

" নত্তে, ঐদি মোলতুক্তা পোকপনি, কুইদ্রিবনি হোংখিবা ।"

" বর্মাদা হোংবদি অথিংবা লৈখিদ্রা ?"

" থোইনা লৈখিদে । খুড়া অমদি ইচে-ইতৈনা হান্না বর্মাদা পানখ্রবনিনা ।"

" নঙনা চেল্লক্লিবসি কনাগী য়ূমদগীনো ?"

" ইতৈগী য়ূমদগীনি ।"

" করি মরমগী ?"

" হায়দোকপদা ইকাইবা ৱানিদা ।"

" হঙ্গোয়গনু, হায়য়ু ।"

" ইচে শিখ্রবা তুংদা মানা ঐবু লৌনবা হোৎনরকপা ।"

" তান্নরকপশিংদুগী মনুংদা নতৈ য়াওব্রা ?"

" য়াওবিবনি, অৱাংবদুনি ।"

" মাদি বর্মাদা পোকপা মীরা ?"

" হোয়,বর্মা খোংজাইনি । কবো তম্পাক্তা মাগী মমিং চৎলি, কিনবনি তৌবা ঙম্বগী । মমিং ম্রম্রাং কৌই, মাগী ঙাই য়াম্না লৈ,খুলসিদসু খঙনবা মী লৈবমগনি ।"

" মাদি ঐনা য়েংবদা নহা ওইবতা নত্তনা মশকসু য়াম্না ফজৈ, নঙনা মাবু পামদ্রিবা করিগীনো ?"

" ইবুং, মা ঐগী ইতৈনি । অদুগা ,মাগী লমচৎতুসু ঐ পামদে, য়ু থকই, খৃষ্টিয়ানগী লোনচৎ করিসু ইন্দে ।"

" নঙ ঐগা থেংনরমদ্রবদি কদাইদা চৎকনি ?"

" খঙদে, অদুম চেনগনি, ঈশ্বরনা চানবীরগা হিংলে, চানবীদ্রগা শিজরে ।"

" নঙ হৌজিক্তি শিবা য়াররোই ।"

" অদুদি ইবুং , ঐসু ৱা খর হংগে ?"

" হংঙু , করিনো ?"

" ইবুংদি মৈতৈনিকো ?"

" মানিনে, কৈদৌরবগে ?"

" কৈসু তৌদে। খুলসিদা করি তৌরম্লিবনো ? লৌ য়ানবা য়াওব্রা ?"

" হোয় , লৌ য়ানবসু য়াওই , থবক অমসু লৈ ।"

" করি থবক্লো ।"

" লাইরিক তম্বীবা ।"

" ও, হোয়নে, ওজা ওইরেকো , ঐসু খল্লম্লিবনি । অদুদি ওজা কৌগেকো ?"

" কৌনিংবতা কৌ ।"

" ওজা, ঐবু নোংঙান্দ্রিবৈদা খুলসিদগী থিন্দোকপীয়ু । ঐনা হায়জখিবা লম্বী য়েংবীরগা ।"

" খ্বাইদগী নকপা খোংজাই খুল হায়রবদি তোলাইবুংনি, খর চৎলগা সীতা লৈরে । লেশ্বী ,ব্রা অমা হংগে, নঙনা খোংজাই খুল ঙাক্তা হায়রিবসি করিগীনো ? মৈতৈ, মরিং, তাংখুল, অনাল ,মোয়োন , লমকাং,মাও,কবুই,পাঙন্নচিংবা কাঙলূপশিংবুদি তাইবং মী ওইনা খন্দব্রা?"

" করিগী খল্লোই, ওজা। খোংজাই খুলশিংদদি ঐগী শাগৈগী মী লৈরম্বা য়াই, মখোয়না ঐগীদমক ব্রাবীফম থোকই ।"

" ঐনদি নঙগীদমক করিসু খন্দনা উরব্রনে ?"

" ওজানা ব্রাবীরিবা ময়ামসিদা ইকাইজবনি ।"

" ঐসি নঙগী শাগৈগী মী অমনি খল্লু ।"

" মদু য়ারোই ওজা ।"

" করিগী ?"

" ওজাগী নুপীনা ব্রা ঙাঙলক্কনি ।"

থোইবা নোকই," ঐ লুহোংদ্রি, অতোপ্পগী ব্রাদি খন্নসি ।"

" ও ! ওজা ঐ য়াম্না নুংঙাইজদ্রে।"

" করিগীনো ? মরম হায়য়ু ।"

" ওজাবু বদনাম তৌবীরগনি ।"

" নঙগীদমক্তি ঐনা খল্লিবনা। অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু নঙ নথন্তদি ঐনা কৈদৌঙৈদসু থাদোক্লরোই ।"

নোংঙাল্লে । নেমখুনিং মপান-শীংবান থোকপদা চেকশিল্লি । থোইবা চাক ঙন্তা থোংগৎলে । চাবা তোকপগা মফি হোংদুনা স্কুল চৎপগী মতম ঙাইবদা মহাক শুমাঙগী হৈনৌ মখোঙদা ফম্লম্মী। শঙদি মপাল্লোমদগী

থোঙ চেৎনা লোনশিল্লগা থল্লিবনি । থোইবা মনুংদা লৈরীবী অদুগী ব্রাখল তৌরিঙৈদা তেশিল লাকই ।

" ওজা, ঙরাং কলম থিবা কূমথরুবদা বর্মা নুপীদু থেংনরকপ্রা ?"

"কনাসু থেংনরক্তে, নুপীদুবু লৌকোন্দা কাখৎখি হায়নব্রনে ?"

" তুরেল লোংখোনবী কাঙবুনা উহৌই, মানা উরক্তগী ফুৎ ফাওদোরকপদা মখোয়দি হেলোইদুম ওইরবোই নিংলুরে হায় । মশকসু য়াম্না ফজে,নৌসু নৌরি । মানা লম্বী হংলম্লগা চৎখিবা ঙাইহাক লৈরগা থাঙ পায়বা নুপা অহুম য়ৌরকখি ; তান্নরকপনি খঙবনা মখোয়দা ঙা ফাবীশিংনা তাকখিদে হায় । অদুবু মখোয় থাজবা অমা য়াওনা লৌখুল হাইগৎখি তম্লে । নুপীদু হৌজিক ঐখোয়গী লৌকোন্দা লোৎলমখিগদ্রা হায়বসি অহলশিং খন্নরি ।"

" য়োংখুল্লোমদা চেল্লম্লবদি ?"

" অহিংদা য়োংখুল য়ৌরুরগা হল্লকপা বর্মা নুপা অহুমদুনা ঐখোয়গী লৌখুন্দা য়াম্না অকনবা ৱা হায়খ্রে ।"

" করি হায়রম্লিবা ?"

" মখোয় নুপীদুগী খোঙ্গুল লীবা তোক্লোই । করিগুম্বা খুলসিনা লোৎলগা থৈদোকখিবা থোক্লবদি তুংদা নুংশিনরোই, ঐখোয় খুলগী মী অমত্তা বর্মা কূম্লকপা য়ারোই অসিনি । নুপীদুবু য়াম্না পামজবা নুপাদু মমাং কৌই ,হু চেনবনি। মসিগী মতাংদা লৌখুন্দগী অহলশিং কারক্তুনা ঐখোয়গীদা ৱা তানহৌই ।"

" নুপীদু ঐখোয় খুলসিদা কনবীনবা চঙজরক্লে খল্লসি, নুপাদুবু কিবদগী পীথোকখিগদ্রা ?"

" তৌহৌদবা থবক্লি ।"

" অদুদি খন্নরিবদু করিনো ?"

" মাবু অতোপ্পা খুন্দা লোন্না থৈদোকখিনবা তারে ।"

" নুপীদু ঐখোয়না উরুবসু নত্তনা করি খন্নরুনি ? ময়াম খন্নবীখো হায়যু, ঐদি স্কুল মতম য়ৌরক্লে ।"

তেশিল চৎখ্রে । থোইবানা স্কুল চৎলগে তাক্লবা চঙলকপদা নেমখুনিংনা ইমুংদগী হায়রকই ," ওজা, নঙ ঐগীদমক ওইদবা ৱা

য়াম্না ঙাঙগদৌরি। মমৈথংদা খুলগী মীশিংনা নঙবু শাওগনি।"

" করিমত্তা ৱাগনু। নঙ খুদোং থীবদা তাদনবা হোৎনবা ঐগী ইথৌওইরবনি। চেকশিন্না লৈরম্মু, ঐ স্কুল চৎলুখিগে।"

স্কুলদা থোইবা অঙাংশিংগী লাইরিক তাকপীবদা পুক্লিং চঙবা ইঙম ঙমদে, ছুটি মতম ৱানা ঙাইখি। স্কুলদগী হল্লকপদা মহাক্না মপান্দগী লোল্লম্বা থোঙ ফিভম কায়দনা লৈরম্বা উরগা মপুক্লিং খর নুংঙাইজে। নুমিদাংৱাই ওইরকপগা মহাক চাক থোঙ্গৎপা হৌরম্মী।

" ইবেম্মা লেম্বী," থোইবানা ৱারী তপ্না হৌই, " নঙ মণিপুর তম্পাক্তদি খঙনবা অমত্তা লৈতব্রা ?"

" লৈ, ইপাগী অরিবা ঙাই লৈ।"

" করি লমদগীনো ?"

" মখোয়গী খুলগী মিং কাউরে ,য়ূমদি নিংশিংলি, অঙাং ওইরিঙৈদা অনীরক চৎলুরে।"

" মমিংদি করি করি কৌই ?"

" অদুসু কাউখ্রে।"

চাক তোকপগা মপান্দগী চেকশিন্না থোঙ লোনবা কাউদনা থোইবা কোনাইগী য়ূমদা লাকখি। খোংজাই লৈশাবীগী ৱাফমদু অহল তরামুক কন্না খন্নরম্মী।

" ওজা লাকপীরে, ফম্বীয়ু।" কোনাইনা থোইবাদা ফাল পী। "ঙরাং অৱা খোংজাই নুপা অহুমগা ওজাগা লৌদা উনবীখি হায়না অঙাংশিনা তম্মি।"

" উনহৌই, মখোয় নুপী অমা তাল্লকপনি হায়।"

" মখোয়গী ৱাখন্দা নুপীদু ঐখোয় খুলনা লোৎখ্রে অসিনি।"

মৈত্রম্বুনসু তম্মি," অশেংবমক্তি, তুরেল লেংখোনবীশিংনা লৈশাবী অমা ঐখোয়গী লৌকোল্লোমদা কাখৎখিবা তশেংনা উনহৌরে।"

"ইপা, নুপীদু হৌজিক খুলসিগী য়ূম অমদা লোৎতুনা লৈরে খল্লসি, ঐখোয় করি তৌবা তাবা ?"

" তাল্লকখিবশিংদু লমহেনবা ঙাক্তনি। ঐখোয় মংসাদা, কোন্দোংদা চৎতবা ঙম্লোই। ঐখোয়না শাবা ফক, থুমোক, লুবাকনচিংবা

ময়ামসি মখোয়দা য়োন্দ্রবদি ঐখোয়গী শেল থোকফম লৈতে। শিজিন্নরিবা থুম, থাউ অমদি ফি-রোল মখোয়দগী লৈরিবনি। মখোয়গা য়েংথিনবা ফত্তে।"

" হায়বদি নুপীদু মখোয়গী খূৎতা শিন্নথোকখিগদবনি অসিরা ?"

" অদুসু ফত্তে, চঙজরক্লবা মীবু কনবীবা মীওইবগী ধর্মনি।"

" করম্না ? মখোয়গা মুক্লবসু পামদ্রগা ?"

" নুপাশিংদুনা য়ৌবা ঙম্লোই খনবা অথাপ্পা খুল অমদা লোন্না থৈদোকখিবা তারেদনা।"

" ব্রাফমদু খুলগী ব্রারেপ্পা নৎত্রগা ইপাগী লন্নাই অনিংব্রা ?"

" ওজাগী ব্রাখন্দা ফত্তে হায়না খনব্রা ?"

" য়াম্না ফরিবনি, অচুম্বা থৌরাঙনি, ঐনা খঙনিংলিবদি ব্রাফমদু অহলশিংগী ব্রারেপ্পা হায়বসিনি।"

" খুলগী অহল ময়াম্না খন্নরম্লিবসি অসিনি, মরমদি নুপীদু খুলসিদা শোয়দনা চঙলক্কদবা মাল্লি।"

থোইবা মখা তাদ্রে। অহলশিং মথং মথং হন্নখ্রবা তুংদা কোনাই মখোয় অনীতা লৈহৌরে।

" ইপা ,হৌজিক অমমম্বদা লৈশাবীদু ঐগী য়ূমদা চঙলক্কুনা লৈহৌরে। অথাপ্পা খুল অমদা য়াম্না থুনা থিন্দোকখিনবা ঐ তশেংনা ইপাগা তানবা লাকপনি। তম্পাক্তা মখোয়গী খঙনবা ঙাই লৈ হায়,মশানসু মফমদুদা থিলহন্নিংলি।

" ও, চঙলক্লে ! খন্নরম্বা চুম্মিদনা। থিন্দোকখ্রসি অদুদি।"

" কনা কনাবু থিলহনসিগে ?"

" মৈত্রম্বু লৈ, মথৌনি। নুপা মচা অনীসু লোয়নগনি।"

কোনাইনা অমুক কৌহল্লুবদগী মৈত্রম্বু লাক্লে। পুগদবা মওং অমসুং মতম তানরগা থোইবা তেশিল পুদুনা মহাক্কী শঙদা লাকখি। অমম্বদা কপ্পুনা লৈরম্বী লেম্বী থোইবা চঙলকপদা অব্রাবা মাঙখ্রবগুম ঙাঙলকখি।

" ওজা, ঐগীদমক করি খন্নবীরবগে ?" অতপ্পা খোঞ্জেন্দা নুংশা থীবসু য়াওরি।

" নঙ হয়েং মণিপুর তম্পাক চৎলো, থিনবীরগনি।"থোইবা

নুংঙাইতনা হায় ।

“ কনাগীদা ?”

“ ঙাই নমা-নপাগীদা ।”

“ কনানা থিনবীগনি ?”

“ খুলগী অহল অমনা, নহা অনীসু ইনগনি ।”

তেশিল য়েপ্পকই , “ মরিং লৈশাবী মান্নবা ঐগী ফনেক শেৎখো ।”

“ এঃ লেম্বী , ইবেম্মসি তেশিল কৌই, নতা শান্নৌ, ঐগী নুংশিরবী ইচলনি ।” থোইবানা তেশিলবু শক তাকই ।

“ তেশিল, ” লেম্বীনা তেশিলগী মখূৎ পায়, “ ময়াম্না ঐগীদমক য়াম্না ব্রাবীরে । ”

“ লেম্বী, ঐখোয় তাইবং মী মশেলনি , মীওইবদি অতোপ্পগী অব্রাবদা শরুক য়ামিন্নে।”

“ চৎকদবা লম্বীসি কয়া শাংঙি ? ”লেম্বী খঙনিংলকখি ।

হংচিৎ তম্পাক য়ৌগনি ।”তেশিলনা তাকই ।

লেম্বী পুক্লিং নুংশিবা খোঞ্জেলগা লোয়ননা হায়,“ ওজাগী মিং খঙজগে।”

“ অঙাং কৌই, অঙাং হায়বদি করিসু খঙদবা ।” থোইবা কংলপ নোক্লম্মী।

“ অশেংবা তাকপীয়ু ওজা ।”

“ অশেংবনি,ঐগী মিং অঙাং কৌই। তেশিলবুদি মদুগী ওন্নবদা অহল কৌহল্লি ।”

“ ঙাইহাক লৈরবদি ঐখোয়গী মিং মানা মুনখিবসু খঙদ্রি ।” তেশিল থোইবাগী পুক্লিংগী ব্রা খঙনা ফাগিদা ওন্থে ।

অহিংদু তেশিলগা লেম্বীগা থোইবাগী শঙদা লেনমিন্নখি । নোংঙাল্লমদাইদা তেশিলনা লেম্বীবু মরিং লৈশাবী মান্নবা ফিজেৎ লৈতেংবীবা লোইরে। মৈত্রম্মুনা মাঙ চিংদুনা তম্পাক পাংলমদাইদা লেম্বী ওনশিল্লক্লুনা থোইবা অমসুং তেশিলগী খূৎ পায়রগা কপ্লম্মী ।

মরিনিশুবা নুমিৎকী নুমিদাংব্রাইদা মৈত্রম্মুখোয়গী কাঙবু খুন্দা

হল্লকখি । মৈত্রম্বুনা থোইবাদা মখোয়গী খোঙচৎকী পাউ তম্লে ।

"চীংখোঙ তম্পাক তাবগা ললোনবী খর থেংনৈ । নুপীশিং অদুগা চৎমিন্নখিবা য়ারগনি , ঐখোয় হনখ্রো হায়না লৈশাবীদুনা কন্না তক্লকখি । ঐনা অসুম খনবদা মানা লৈরুগদবা ইমুংদু ঐখোয়বুসু খঙহন্নিংদবগী মওংনি ।"

"চুম্মি," থোইবানা শমথৈ, "মহাক্কীদমক্তদি অরুবা তানফম্লি , চেকশিনবদু ফরিবনি । মফমদুবু য়ৌখ্রবদি মহাক খুদোংথীবদগী নাম্থোক্লে লৌরসি ।"

মৈত্রম্বু ময়ূমদা পোত্থারুনবা নুপা মচা অনীগা চৎখ্রে ।

# ২৬

লমহাংদা ষন লীশাং পুল্লুবদগী শাজৌ হঞ্জিল্লক্কুনা মাঙ্গোন্দা হীদাক ঙান্থক অমত্তং থক্লগা ঙাইহাক পোথারম্মী । থাবল্লে চাক থেংখ্রে মতাগুম পৃথ্রীদা ঈরুজবা লোইদুনা হোবে হোবে কারকপদা অরূম্বা লুথোং পুরিবী নুপী অহল অমনা থোঙ্গোন্দগী লাউরকই, " থাবল্লে, অঙাংসিনা থিরক্লিবসি নখোয়বু ওইরমাল্লে ।"

লাউরম্বী ললোনবী অহলদু চৎখ্রে । থাবল্লে অমসুং শাজৌনা থোঙ্গাল্লোমদা য়েংখিবদা মরিং লৈশাবী অমা চঙলকপা উই। মখোয় অনীমক ঙকচানরিঙৈদা লৈশাবী পিরোইননা কৌরকই, " ইমা ! ইপা !"

চপ লেপ্লিবী থাবল্লেদা লৈশাবীনা কোল্লে । শাজৌ ঙক্লি, অদুবু থাবল্লেগী নিংশিংবদি থুখি, মপানসু থোরকই ।

" ইবেম্মা , নঙবু লেম্বী নৎত্রনে ? লেম্বী ! মানিনে ! ইমাগী লেম্বী, করিগীনো নঙ নথন্তা ?"

শক খঙলকপগা শাজৌসু লাউরকই , " অঙাওবীসে, ফিজেৎতুদা মরিং লৈশাবী ওইরবোই নিংলুরে । "

লেম্বী খুম্বা ঙমদনা কপ্পুনা লৈরবদা মহাকপু থাবল্লেনা ইমুংদা পুশিল্লম্মী । খর ঈংথরক্কুনা মথং মথং লিথরকখিবা মখোয় ইমুংগী অৱা-অনা, খুদোংথীবা পূম্নমক মুন্না তারম্বা শাজৌ অমসুং থাবল্লে মপি তৈথোক্লগা খোঞ্জেল অমত্তদা হায়রম্মী ," হৌজিক্তি ইচাগীদমক ঐখোয় লৈরি । নঙ ঐখোয়গী অহুমশুবা অঙাংনি ।"

থা খর লৈমিন্নরকপদা মরম ওকপী, খঙগন হৈগনবী লেম্বীগী সেবাদা শাজৌগা থাবল্লৈগা য়াম্না পেঞ্জে; মখোয়গী ইমুং তংদা লৈতানা পাঞ্জরে খন্না নুংঙাইজে । তমুবীসু মমা-মপাগী তেংবাংনবা মনাও অমা ফংলে খন্দুনা য়াম্না হরাওখি ।

অঙস্বা ময়া শঙশাবা চৈ চায়, ইনাক খুনবগা যূম্লোন্নবা মহী লাঙঙি। অহলশিংগী পাউতাকসি শাজৌদা চপ চানা তাররে। মরমদি শেন্দোই-ফৌদোই চাবা য়ূমজাও ময়ূম অমুজাওগা শাজৌগা যূম নক্লে । অচিনবা অমা লাকপগা অমুজাওদা হেক চেনশিনবসি মখোয় থাদোক্লবা কন্না হোৎনখিবনি , ঙমখিদে ; লাইরবনা হেক্তা ইনশিল্লি । ৱাজাও ঙাঙবা, মী উশিৎতবা, মীথাদবা, শেন্দোই-ফৌদোই চাউবা অমদি মীনুংশি য়াওদবদা অমুজাওবু মীয়াম্না ফজনা খঙনবনি। মহাক্কী নুপীগী লোনচৎসু মঙোন্দগী তাবা নত্তে , অদুবু মকোক্তদি হিক লৈবা ঙমদে; হংবা-পূবা লাকপীশিংনা অয়ুক্তগী হৌনা ফাথুদুনা মকোক কাইবা হৌই , মাবু হিরম কয়াদা থাগৎলি, মশক ফজবদগী হৌরগা । যূমজাও ময়ূম অমুজাও শেলগী মঙান্না হায়না হুম্না পানবনি ।

শাজৌনা চহী মঙাগী মনুংদা অমুজাওদা পীখ্রিবা শেন্দোইসি পারুবদা শেল্লেপকী শরুক অনী লানখ্রে । ইহান হানবদা লুপা চামা পূরুবনি, তুংদা তরা লৌরু, কুন লৌরু অসুম অসুম য়ামখৎলকখি । অঙাংশিংগী মহৈ তম্নবা অমদি ক্ষেতিপুরন ৱানোম- শেলখাই থাংনবা লৌখিবা ঙাক্তনি, অহাওবা এঞ্জাং অমা চাহৌবা নত্তে । অমুজাওনা শাজৌগী ক্ষেতিপুরন ফংগদবা লৈ হায়বা খঙবনা শেল থংবদা চিংনখিদে ।

শাজৌনা ক্ষেতিপুরনগী অচৌবা শেলফম অমা ফংখিবা মতম কুইরবসু শেলশিংদোক্তনা লৈরবদা অমুজাও খাঙদুনা লৈনিংলক্লে। নোংমদি মৈ হৌনা শাজৌগী মাঙ্গোন্দা কাখৎলকখি। থাবল্লৈনা থাবা ফিদা শাওরপ চিংথোক্তুনা ফমথবগা মহাক ৱাংনা হৌরে ।

" ইবেম্মা থাবল্লৈ, শাজৌদুবু লৈখিবা উখিবগুম তৌই ?"

" লৈ খুড়া, কৌথোকচরক্কে, করি তাকপীগদবা ?"

" ঐ মাগা উনগে ।"

ইমুং চঙখিবী থাবল্লৈ মায়থোং মক্মা মপুরোইবগী তুংদা

থোরক্লম্মী ।

" এঃ মামা, লেংবীরক্লি ।" অমুজাওগী মনাক নক্না শাজৌ ফমথরে।

" হোয় ঙসিদি ব্রা খর ঙাঙননিংদুনা ঐ চঙলকপনি ।"

" খঙদ্রে মামা, ঐসি কেশকী ইম্ফাল খর চেল্লিঙে , লৈত-লাইর মেন্নবা হোৎনবদা চীং-মান্দা খর চৎলিঙে, মামগা নোংমতসু নে-না তানা ৱারী তৌনবা ঙমজদ্রে ।"

" শাজৌ , নঙগী অমা হায়রা কেশ অমা হায়রা লৈত-লাইরা , ঐ য়েংগে য়াওনা অসুম য়েংলকপনি । নঙগীসিদি লৌরংনবনি ইবো, করিগীনো কেশপু অদুক য়াম্না পাল্লিবা ? লাইরবা হায়বা ৱাহৈদু চীন্না পনবদা ইকাইদ্রো ? ক্ষেতিপুরন অদুক চাউনা ফংখ্রবা নঙনা ঐখোয়বুসু লৈবা ঙম্লবদা । নঙগীসি করি তাৎনো ? শেল হাৎপা য়ানবা লাইর-চুতৎ শাববু হৈখ্রেনে ।"

" মামা ঐ তশেংনা লৈজদবনি, হায়শিন্নবা অমত্তা নত্তে । ঐঙোন্দা থোক্লিবা থৌদোকশিংসি মীঙোন্দা তমথোকপা ইকাইজবনা তুমিন খাঙলিবনি ।"

" ইবুংঙো শাজৌ, য়ূম্লোন কৈরোন্নবনি হায়দুনা অদুক য়েংলকপনি, উৎ-পাৎসি খরদি হাকমল্লে, ঐ ব্রা মখা য়াম্না তানিংদে , হায়রো ঐগী শেলদু কৈদৌঙে শিংগে লেপ্লি ?"

" মামা, ঐ খুদক্তা শিংদোকপা ঙমজখিরোই , খুরাইদা থাঙতেক্লা থাবদা শিকি থোক্তবা মতাংদু ওইরি ।"

" তিন্থোক অশিবনা ঙমু অচংবা থেম্বা , ঐবু নখোয় নতৈ-ননাওনা— মোইথেমদা পঙথহনবদি য়াররোই । নঙগী চালাক ঐ লোয়না খঙবনি, নমাক নুপাদা শেল পীদুনা ভোট লেপহল্লে, মন্ত্রী ওইহল্লে । নমাক্লা মন্ত্রী ওইরে হায়দুনা ফল্লিবনিনে নঙগীসে ? মদুদা অমুজাও মিৎ থুপ্লীগদবোই নিংব্রা ? নমাক নুপাদুদা থৈখ্রিবা শেল ময়াদুদগী লূপা চনি-চহুম খাইদোকপবু করি মশিল লৈবনো ? লুট কিবদগী শেল থৈদুনা থম্লগা লাইর-চুতৎনবা শাদুনা লংফৈদা অনা-শিকি তানবা চৎপদা নুপী ফাওবা ইকাইবা খঙনদ্রবনি ।"

লৌনম হৈবীনি হায়বসিনি থাবল্লৈনা খ্বাইদগী খাঙঙমজদবা, অদুবু মহাক থৌগল্লোন কায়নিংদ্রি। মপুরোইববু থাজবীদবা অমদি ঊশিংপীদবগী ব্রাঙাঙ তাবদদি লৈঙল্লক্তে।

" খুড়া মীগী ব্রাথী-খোন্থী তানিংবা কনাসু লৈতবনি, ঐখোয়সি তশেংনা উপায় লৈজদবনি।"

" থাবল্লৈ, লৌরমদাই মতমদনা মমৈ ফর ফর হাইরগা তেথবা, শিংলমদাইদনা অচৌবা ময়া খিগৎতুনা খোংবা কাঙবুসি ঐ য়াম্না থেংনরে, ওক্লে। কুন্না হায়নদনবা শেল শিংদোকপা ফবনিদা।"

" খুড়া!" থাবল্লৈ থম্মোয়দা প্রোক প্রোক চাকই, " অদু য়ৌনসু হায়বীগনু।"

" অসিবু ঐনা হায়জিনব্রো ? শেল হংবা লাকপা খুদিং নে নে, নপামগুম হেক তৌরে। চুম্মিহে, ষন হুরানবদা মতু য়াওই।"

" মামা ঐখোয়সু থব্রায় পানবনি।" শাজৌগী খোল হাইগৎলি। "মীনি খজিক্তসু খনবীয়ু কৈদৌবগে। চৈবীবদু য়াই নচা নমৌগুম্বনি। হুরানবা অমদি হূইগুম শীংথাবীবদি ঐখোয়সি তুমিৎ কাঙগুম উবিরবোই।"

থাবল্লৈ স্বর থবেৎ থবেৎ হোল্লি, " খুরাদগী ঐখোয় শেল পূজে, লেম্না লৌজদে, শেন্দোই মতিক চানা পীজরি। খুড়াগী শেন্দোই পীনবা হোৎনজবদা লব্রাইগী শম হৌদ্রে। হৌজিকসু ঐখোয়না পীরোই শিংলোই হায়জবা নত্তে। খুড়াগীসি খরদি কনমল্লবনি।"

" ইহে! হৈনজদেকো ,চরোই ক্বাকুম লাবা অমোম খাইদনা, নুপা ব্রা নুপী ব্রা থীদবা চীন্দান-পাউদান্নবগী থবকসি।"

" মামা, ঐখোয় অকায়বা করিসু হায়জদে।"

" অকায়বা হায়দে ? শেল হাৎপা য়ানবা খৎনবা হৌবগী ব্রাতনিনে ? অদুবু শাজৌ, ঐ হায়বীগে, মীদা য়েংলে নঙনা ঐঙোন্দগী হেনগদবা নত্তে। লম হেন্দা হেঞ্জিল্লক্লবদি নয়ূম মৈ থাদুনা তানগদবনি। মতমদুদা চপ চানা খঙনগনি।"

" ঐগী থাদ্রিবৈঁদা মামখোয় হান্না চাক্লনিকো।" শাজৌ অশাওবনা লুতোন থূমখ্রে।

" করিনো হায়বীরিবদু, মপা থোক্তবদগী খুড়ানা খর শাওবীবদা

ঐখোয় ব্রারৌফম থোক্তে, শেলসি কুইমন্না তোল্লে ।" মপুরোইবা ফাথরিবী থাবল্লে অমুজাওরোমদা অমুক ওনশিল্লি, " খুড়া,ঐখোয়না লানবা ঙাক্তনি । খুরানা য়েংবীবগী য়েংবীবা মতম খরদংগা ঙাইবীখো ।"

" হে হে, মীশিংসে । ফৈ ! ঐ নখোয়দা অমুক হন্না শেল থৌররোইদবনি, নুমিৎ মঙানি য়েংখিগনি, মদুদা শোইরবদি নঙগী ষন পাবোৎ অমুজাওনা চিংবা ঙম্মি ঙমদে য়েংনবা তারে ।"

অমুজাও মফি কল্লম্লগা হৌগৎতুনা চৎখ্রে । শাজৌ অমসুং থাবল্লে ইকাই নুংশি য়ান্নবা মমিৎতা ঈরা শিন্না য়েংনৈ । –

" থাবল্লে ," শাজৌ থম্মোয় শোক্লা হায়, " ঐখোয় অনী শিখিবনা হেন্না ফরবনি ।"

" কবিগী শিজকনি, মীগী মরল শিংদোক্তনা ।" থাবল্লে ফিজিনা মপি তৈথোকই, " চন্দাল,পাপী নিংথেম ! ঐখোয়বু অসুম লাক্লবকো।"

" মহা হুরানবদু , মরান্না মপোৎ ফারক্কদৌরে । মাবু লুম্বা য়েকপা মীশিং য়াম্লে হাযবা তায় ।"

" য়েংসি লাইগী ব্রায়েন্দগী থৈগদবা কনানো ।"

অমুজাওনা য়ৈরম্বা খোলনা শাজৌবু য়াম্না তুকথহল্লে । মহাক্কী ষন চিংগনি হায়রম্বসিদনি খাঙঙমদনা চাকচবিবা । থাবল্লেদি লাইমন কাঙদুনা নারবনি । মখোয় অনীমক অরাম্বা ফাওনদ্রে, তুম্লিংবসু মাঙখ্রবনি ।

নোংমা থাবল্লেনা থেংলবা অহিংদা তপ্পা ব্রারী হৌদোরকই, " নিংথেমদগী শেলদু তকশিল্লুবনা চুম্লোইদব্রনে ? খুড়া অমুজাওগী শেলসিদং শিংদোক্লবা ফংলবসু লাইমা নত্তে ।"

" ব্রা মাঙগদবা মফমদুদা করি হায়রুখিসিগে ? পীররোই খন্না খৎনবা হৌরকখ্রবদা ।"

" খৎনরবদি ঙম্লবা তৌরসিদনা ।"

" উকিলনা কন্না হোৎনরিবনি । হঞ্জিন হঞ্জিন হায়রুগদবদু ইকাইবা, শেল পীবসু নত্তবনিনা ।"

" শেল পীথোক্লগা খর থুজিন্নবা তৌরসি ।"

" লৌ হায়বা য়াদ্রিবনি ।"

" খঙদ্রেদা, ব্রাইখূনা মখুল হুৎপা মখৈ হুৎলগা নুঙদা থেংঙি

হায়বদুনি ।”

“ লেম্না থংবীবসু নত্তবা, শেন্দোইসু মী খ্বায়দগী হেন্না লৌবা, ৱানা চাউনা চাউনা ঙাঙলিবা । মখোয়গী শেন্দোই হুন্নবা হোৎনবদা কোকফাইনা নোম্বমখৈ নোম্লগা মনঙ্গন্দা মরূম থুই হায়বদু তারবা । মখোয়দগী শেল পুরুবিবা ঐখোয়সি তশেংনা পাপ চেল্লবনি ।”

“ অহলসি ফৈ হায়নববু অমত্তা য়াওদেদা ; মঙোন্দগী শেল পুরুবা মীশিংসি পুক-লিন খ্রো খ্রো খোৎনৈ হায়না তম্নরকই ।”

“ হোয়নে, নহালতসু নুপা অমগা কিশি শেৎনখ্রে হায়নবা তায় । মৌ অহাঙবীশিংদদি ফনা তেসু হায়নবি, চহী মতাংগা ।”

“ লাইরবশিংবু মী ওইনা উদ্রবা জাৎনিদা, ঐখোয়বু শাগা চাংদম্নরল্লি ।”

“ মীশীং থাগন্দবশিংসি শারক্তা তিনবা থুই হাযনবা লৈ ।”

“ লাল্লিবদি পুরুরিবা ঐখোয়নিকো ।”

“ থাবল্লে, নচা নুপীদু অমুক্তং কৌরগা তানসি হায়ববু করি খল্লি ?”

“ করিবু তৌনগবনো, মখৃৎতা লূপা অমা ফাওবসু লৈরম্লোইদবদা। মীনাইগুম থম্বীরবা, কম্বী খাংদা ঙৌরবগুম্বীনি । মচা ফৎতবা চাউবা ঙাইবা, মৱা ফৎতবা শিবা ঙাইবগী ফিভমদা হিংজরবনি। অদুবু, লুখ্রা ওইদ্রিবসিমক ফরবনি হায়না ঐনা মাবু থেমজিল্লিবনি ।”

“ খ্বায়নদি নমাক্লা মন্ত্রী ওইরি, নুংঙাইজবিনি হায়বীরিবা,অসিবু হৌনরিব্রা ? হিংনববু চেনগদ্রা, ৱাথীবু পুগদ্রা । ” শাজৌ ঙাইহাক স্বর থিংলুই, “ ঐখোয়বু ষন পাবোৎসি পীথোকখিবদা তারব্রা ?”

“ মদু য়ারোই । মরল তোল্লি হায়দুনসু মীগী পোৎ নমদুনা লৌনব্রনে ?”

“ ঐখোয়গী করি উপায়দি লৈরি ?”

থাবল্লে কপ্পদা লেম্বী য়াওরকপদগী মখোয় ঙাইহাক তুমিন তুমিন লৈনরুই । শাজৌ ৱাখল অমা লাকপগুম হায়রকই,“ থাবল্লে , নঙ খল্লু শাওদি শাওরকখিনু, ঐ ৱা অমা হায়গে ।”

“ করিনো ঐনা শাওগদবা, ঐবু য়োল্লগেরো?” থাবল্লেগী পিরক্তা

নোক্লিংবগী মশেক ফাওই ।

" ঐখোয় অনী মরী-মতা,মরুপ-মপাং কাউবা কুইমল্লে ।"

" ইপামগীদি পল্লনুসি, অদুগা তা-তোমালবু উনবদি ইকাইরিব্রা?"

" মদুসু তোকসিদা ।"

" অদুদি কনাবু নিংশিলক্লিবা ? থল্লাই অমত্তগুম লৈমিন্নরম্বা তা-তোমালবু অসুম্না থাপতোক্লবসি চুমদবনি ।"

" চুমদবনি, ঐনা লানখিবদুদা ইকাইজবা । অহল-লমনশিংবু ইকাই খুম্নদবা, য়ু ঙাওবা, মরুপ-মপাং অমদি শাগৈ-নাতৈগা তৎনবা মীওই অহুমসিগী লৈফমদা ঈশ্বব লেঙশিন্দে হায়নবিবনি ।"

" শোয়খিবদু শেংদোক্লরগা লোইরে। ঐ চৎলুরো ?"

" নঙনা চৎপগা ঐনা চৎপগা কবি খেন্নে ?"

" অদুসু চুল্লিবা । মনীং-মমাঙ পূমথিং হেক থিংলেদা ঐখোয়সি।"

" থাবল্লে কান্নদে,ঈশ্বরনা তম্বীরম্বদু যেংলসি ।"

শাজৌ স্বর শাংনা হোল্লগা চাউনা যাওল্লি । অমুক ঙাঙলক্লবোইদবগুম থাবল্লেদি তূমথনবা হোৎনখ্রে ।

" থাবল্লে," শাজৌনা হৌদোকই," উপায় অমত্তংদি যেংসিরা?"

" হৌজিকপু কবি লৈরিবগে ?"

" হেমাবু কাউরব্রা ?"

" কবিগী কাউরুনি, অদুবু মহাক্না কবি য়েংবীবক্কনি ; চাক চরা অমদি পীজরকপা য়াই । ঐখোয়গী অৱাবদি কোকহল্লক্কনি থাজদে । মীগী মৌ ওইখ্রবীনি, ঐখোয়বু নিংশিংলমখিগদ্রনে ?"

" নোংমা ইথা হেক থাজদনা ঐ মাবু খ্বাইরম্বন্দা থেংনৈ । করিগুম্বা অৱা-ঈরৈ তানফম লাকপা থোক্লবদি মহাকপু কাউথোকপীদনবা হায়রম্বনি ।"

" হৌজিকপু মহাক থিরুনবা ঐখোয়দা থৌনা লৈরিব্রো ?"

" কদাইদৈনোদা, ঐগীসি ঈরাক্লবা মীনা অফং অফংবা লাম্বগুম্বনি।"

" অদুদি তূম্বা শিৎনবনি, তুমিন লৈরোসে।"

চৎপা, চাবা, তূম্বা মতম পূম্নমক্তা অমুজাওগী শেন্দোল থাবল্লেনা

কাউদে । অকনবা ব্রাহৈশিংদুনা মহাকপু ইখং ইখং খংহল্লি । শাজৌ শেল পূরুফম খঙদবনা ফুম্বংনরি । ষন য়েংবা মী য়াম্না লাক্লম্লে । শাজৌগী অচিনবা তাবদা দলালশিংনা লাকথুনা মমল হুল্লে ।

নোংমা অয়ুক অমা অমুজাও মচা-নুপা অহুমগা শাজৌগী ষন লৌবা লাকই । শাজৌনা শঙ্গোন্দগী চিংথোকপা নত্তনা মখোয়না চুপ্লী থোক্লুবা ঙল্লোই খঙবনা অমুজাও নেমথখি ।শাজৌ করিমত্তা হায়খিদে,শঙ্গোন্দগী ষন পুথোক্লগা অমুজাওদা শিন্নখি, থাবল্লেদি ইমুংদা কপ্লম্মী। ষন পুরমদাইদা অমুজাওনা খোল অমদি হজিল্লম্মী, তশেংনা মৈচাক্তা ইকং লংশিল্লম্বনি, “ শাজৌ, ঐগী শেন্দোই-শেল্লেপ পারুরবদি নঙগী ষন পাবোৎসিগী মমলনা মপা ওইদ্রবনি । নঙনা পুকচেল চাউনা শেল শিংদোক্লগা ষন লৌরো। থাখাই অমদি ঙাইগে, মদুদগী হেনখ্রবদি ষন পাবোৎসি খূৎথাং লানখিবা তারে।”

মীওই কয়ানা থেম্বদা য়োল্লু য়াখিদ্রবা শাজৌগী ষন পাবোৎ অমুজাওনা লৈখ্রে হায়না ঙাঙনরকপদা মীয়াম ঙক্লে, খর অমদি ব্রারৌবনা ব্রাহোল্লে । ষন্নিঙ হনবশিংনা শাজৌগী ষন য়েনমান তাইবং মীগুম শিংঙি মাবু হুরানবা ঙমগদবা মী লৈত্রে হায়না ইফোং ফোংনা ব্রারীনরকখিবনি ।

অমুজাওগী শঙ্গোন্দা শজিক মকা অমা চাদনা ষঞ্জাও অনীনা ষন্নাওগুম তোয়না তোয়না খোংলকপা তাবদা থাবল্লে থম্মোয় পুবা ঙমদে; শজিক পোলাং থন্না পুদুনা খোংলক্তনবা থেম্লুই । অথেঙবা অহিংদা শাজৌ হুরানবগুম লোন্না চৎতুনা ষন অনী শজিক চারব্রা য়েংলুই । ষন অনীনা মহাক্কী অশেংবা মরুপ ওইরকখিবগী থৌদোক কয়া নিংশিংদুনা ফমুংদা ওন-থোইনা খাংলম্মী ।

মাঙগী থৌদোক অমনি । নোংমা শাজৌ নোংঙাল্লমদাই থাবন্দা ষন গাড়ী তোংখৎতুনা চীংখোঙদা পৈরম্বা শীং লৌবা চৎলি। লম্বীদা খঙহৌদনা মহাক্কী ষন অনী চপ লেপখি, জুব্রান থারগা মঙক থাঙ্গৎতুনা মাঙলোমদা শংত্রিক য়েংঙি। শাজৌসু মপা অদোমদা য়েংখিবদা পংলাপ লাপ্তুনা অচৌবা তেরা পাম্বী অমগী মশাদা কবো কৈ অমা ফৈনা কুন্দুনা লৈবা উরে । মহাক থাংজৌ খূৎপায় চেৎনা পায়দুনা ষন অনীগী কারক্তা লেপ্লম্মী । ঙাহাক্কী তুংদা কৈ উদগী কূমথখ্রে, মশকসু উখিদ্রে।

নোংঙাম্থোরকপগা অতোপ্পা ষনগাড়ী অহুম লাক্লবদা শাজৌ মখোয়গা খোঙবু ওইমিন্নখি ।

থৌদোক অমসু লৈ । সেকমাইজিন্দগী চফু চিংবা চৎপদা পাৎয়া নারক লম্বীদা নুপা অহুম শাজৌদগী শেল মুন্নবা চোংথোরক্লম্মী । শাজৌগী ষন য়েনমান খুদক্তা জুব্রান থাই, লৌথীবা শক্তম উৎতুনা নুপা অহুমদা চোংশিল্লি । মখোয় অহুম্মক পাৎতা চোংথরমদ্রবদি ফিভম ফরল্লোই ।

ষনগী ৱাখলনা অহিং কয়া তুমহনখিদ্রবা শাজৌ ইখং খংনা হৌগৎলকই, লাউন-খোংনবগী খোঞ্জেল অমনা মহাকপু মীকপ থোকহল্লকপনি । মমা-মচাদুসু ফিভম অদুমক থোকখি । মহাক তহা-তহা মপান্দা চেন্থোক্তুনা খোঞ্জেন্দু খঙনবা হোৎনরম্মী । অঙকপনি, মপান্দু পূমঙাল ঙাল্লম্মী । অৱাংলোমদা লৈবা অমুজাওগী য়ূম মৈনা য়োমখ্রে । থাবল্লে মমা-মচা মহাক্কী তুংদা ঙক্লা য়েংলি ।

“ থাবল্লে , করিনো তৌরিবসিদি ! মামা অমুজাওগী য়ূম্মি চাক্লিবসি।”

“ ইমাই পেম্মা ! মীয়াম মৈ কল্লি, চেনবীয়ু ।”

শাজৌ চেনগে তৌরুরগা ওনশিল্লকখি, “ নখোয় মপান্দা লৈয়ু । লাক্কনু ।

“ তেক অমা পায়খোবা ।” থাবল্লেনা নিংশিংখি ।

শাজৌ ইমুংদগী তেক অমা লৌথোক্লুই, মৈ চাকফম তানা হোৎচিনখিরম্মী । মৈ চাকপদু ফনা কুইরল্লবা জাৎনি, কনবা ঙমহৌদবগী মওংদা মনিং তম্মা চাকহল্লম্লে । মৈঙান্দা শাজৌনা অথাপ অথাপ্পা মফমশিংদগী মী য়াম্মা উই । মহাক্লা তেক পায়দুনা চেল্লকপগী মতৌদা মখোয় খরদি নোকপা য়াওই ।

অমুজাওগী য়ূমদু ইনা কুপ্পা মৈতে য়ূমশা ওইজরবসু পৈশা য়াম্মা চঙনা শাবনি । ঈকংথা ওইরমদ্রবদি মীয়ামদুনা কল্লম্বা য়াবনি । নুংশিৎনা মৈগী মীচংদা কন্না লেপখিবনা ময়ামদু কুমহৈ য়েংবদা মতাখি । অমুজাও চাকমনবনা মকোক্তা য়েৎপা খুদৈ অমা মৈরক্তা হুৎ লংশিল্লি, শাজৌরোমদা খারপসু য়েংঙি । শাজৌ থুক লাউখি , হাপ্তা অমরোমগী মমাংদা অকনবা ৱা খর ঙাওনখিবদু খংনিং নিংশিংলকখি ।

মৈ মুৎথরকপগা মীয়াম মথং মথং হন্নখ্রবদা শাজৌসু ময়ুমদা চঙলক্লে মমা-মচা নুংশা থীনা ঙাইরম্লি ।

" কনবা ঙম্নখিদ্রে ?" থাবল্লেগী খোঞ্জেল নিকই ।

" তুম্না চাকখ্রে । মৈ চাকপসি কুইরম্লে, ঐখোয় কন্না তৃম্নুরবনি ।"

" করম্না হৌখ্রিবা মৈনো ?"

" হৌরকফম খঙনদ্রে । মৈ হৌরকপগা নুংশিংনা খুদক্তা শিন্থুংনা শন্দোকখিবা, অদুগী মথক্তা ঈশিংনগা তাঙখ্রেদো ।"

পোৎ-চৈদি কনবা ঙমহৌব্রা ?"

" খরদি কলহৌই । ফৌকৈদি য়াওখ্রে , ফৌপোৎ চামবিগী মথক্তনি হায় চাকখিবদু । ময়াম্না ঙাঙনবদা মামা অমুজাওনা হুমদাং উতোংগুম্বা অহোবা মফমশিংদা লোৎতুনা থম্বা শেলয়াম অমা চাকখ্রমাল্লে । অরিকপগী মরল শুম্না চায় হায়বদু চপ চানা হেক থোকই ।"

" পাম্মুখ্রেদা, ঐখোয়না তানবদনা ৱারিবা ।"

" চঙলসি থাবল্লে । অসিনি মীওইবগী দষা, কনানা হায়বা ঙম্লিবনো ।"

শাজৌ ইমুং চঙগে তৌবদা থাবল্লেনা খাম্মি, " ঙাইখোবা করিনো, মৈ কনবা য়াওরুরবদি ঈরুজথোক্লে ।"

" অহিংসিদবু ?"

" তৃম্বসু য়াবরোই ।"

শাজৌ অমমম্বদা পুখ্রী কৃমদুনা চাইথরুবে । মফি হোংদোক্লগা লৈরক্তা নোং ঙান্থোরকপা ঙাইবা ওইনা হঙ্গৎ হন্দা চৎলম্মী। অমুজাওগী মচাশিংনা শুমাঙদগী মঙোন্দা মুন্না য়েংঙি ।

শাজৌনা ময়ুমদা হঞ্জিল্লকপদা মমা-মচা ৱাইরম শেংবগী থবক হৌরম্লে। তুম্বা ঙমদ্রিবা যৃশ্বী, খাঙেন, খাঙবুনচিংবদগী থোরকপা মৈখুনা অৱাংলোমদি ইমম মল্লি । অয়ুক ঙন্তাদুদা তমুবী তফিং তফিং লাক্লম্মী। মহাক য়ৌরকপগা হায়রৈ, " ইমা, ঙাঙনরিবসিবু করিনো ?"

" করিনো ইবেম্মা, অসুক ঙন্না? কৈদৌরবগেনে ?" থাবল্লে চিংনবা পোকই।

" ঐ থৱায় ৱামনবা, নুংঙাইমন্দবদগী চেল্লকপনি, হায়নরিবসি

বাজীবুনি ।

" করিবুনো নুপীমচা, নঙনা ঙাঙলিবসি ?"

" ইপু অমুজাওগী য়ুমসি বাজীনা থাবনি হায়নরি ।"

" হা ! " শাজৌ লাপ্তুক্লা খংলাউ লাউরকখি , " কনানা হায়রিবা?"

" মচি-মচিদা চিবোন চিবোন ঙাঙনরি ।"

" নঙোন্দদি কনানা হায়রকই ?"

" ইনেম্বোক্লা, মাসু মীনা ঙাঙনবদগী তারকপনি ।"

" হে হে ! কনানো মচীন্দু থুগাইগে, অপঙবা ভুতনা ঙাঙগদবা ৱাবু ।"

" মঙগুম্বা ৱাসিবু , কয়াদা ফৎনখিদ্রবনো ?" থাবল্লে শাওবনা নিকখি, " ঐখোযবু নুংশিদবা মীসু লৈরমাল্লে, অঙকপনি।"

" কনানো ঐঙোন্দা তাইনরক্কদবা ?"

" খোংজিন চামা থৎপা ঙম্মি, মীচিন অমদি মেনবা ঙমদবনি । মীনা চিংনবে , ঙাঙনবে হায়না নচানা পাউ পুরক্লিবসিনি।" থাবল্লে শকফম ওল্লি, ৱাখল লাপ্না চৎখি।

" পুঙহায় হেক হায়জিনবা য়াব্রনে ? শিমিন্নগে ।" শাওবনা অযুক্কী অঙ্গৎবা ফাওদ্রবা শাজৌ মশাবু ফাথনবা হৌৎনৈ । মচাদা ওনশিল্লি । " নুপী মচা নঙগী শেলকা লৈব্রো ?"

" বাজী, কদাইদগী শেলনোদা । বাজীনা লোয়না খঙলিবনি, ইকুবোক্তা মরল তম্না পীবকপা শেল ঐনা শিকি তুংশিনবা ঙম্বা নত্তে । ঐগী পুন্সিসি মীনাই মখল অমনি ।"

" মা হৌজিক মন্ত্রীনি , তৌবা ঙল্লি । অতোপ্পগী পুন্সিবু মমল য়াওদবগুম খল্লি ।"

" বাজীনা ঐঙোন্দা শেল হংবীববু .....?"

" নপু অমুজাওগী শেল শীংনবনি । মীগী ইমুং দষা তারে, ঐখোয় ৱাখঙদবা ওইনিংদে । অদুগী মথক্তা শঙ্গোলসি হাঙবদা ইপা লৈফম খঙদে ।"

" শেলদুগী মতাংদনি ময়াম্না ঙাঙনরিবসি ।"

" করি হায়নরিবা ?"

" নুমিৎ খরনিগী মমাঙদা ইপুগা বাজীগা শেল শিংঙু শিংলোইদা অকনবা ৱা খর ঙাঙনখিমাল্লে ।"

" খর হায়নখি ।"

" মদুগী মলোমদা বাজীবু চিংনরে ।"

" হে তাইবং মী !"

শাজৌ ঙাইহাক লুকথদুনা ৱাখল তৌরম্মী । থাবল্লেগী মকশিল্লবা মায়থোং য়েংলগা তমুবীনা হায়," লাঞ্জদবশিংবু ঙম্মি হায়দুনা কিৎ হেক নম্বা য়াব্রা? মপুগী ৱায়েন কাউনবা য়ারোই । ফরে ইমা, ঐ চৎলগে, অঙাংদু মশা কয়া নুংঙাইহৌদে ।"

" চৎলো চৎলো,ঐখোয়সু লাকপা ইঙম-ঙমদ্রে, না-য়েকপা য়াদে।"

লেম্বীনা মচেবু থোঙ্গাল ফাওবা থিন্দোক্লম্মী ।

অয়ূক্কু শাজৌগা থাবল্লেগা ৱা কয়া ঙাঙনখিদ্রে, মশা মশাগী পুক্নিংনা লাম্বা মফমদা ৱাখল তৌনৈ। লেম্বীনা চাক লোইবগী পাউ পীরকপগা শাজৌ চাখুমদা চঙলক্লম্মী। মখোয় অহুম চাবা হেক হৌগৎলকপগী তাঞ্জামক্তা মপান্দা কন্না কৌখিবগী খোঞ্জেল তায় । চাখুমদগী য়েংখিবদা দারোগানা লুচিংলগা সিফাই মরি দারি ময়াদা লেপ্পা উরে । শাজৌ মপান থোরকই, মচানুপীনা তম্লম্বা পাউনা খর চিংনহল্লে।

" করি তাকপীগদবা?"

" সোম্বু শাজৌ হায়বদু ওইবীরব্রা? " দারোগা নকশিল্লকই ।

" হোয় মানি , করি তাকপীগদবা?"

" থানাদা অমুক্তং য়ৌবীবা তারে, ফি হোংদোকপীখিগদ্রা?"

" করি মরমগীনো?"

" থানা য়ৌরগা লোইনমক খঙবীরগনি ।"

" করিনো হায়নরিবসিবু?" থাবল্লে ফিংনা চেন্থোরকখি, " থানাদদি করিগী?"

ঙরাং অহিং য়ূম মৈ চাকপগী মরীদা ঐখোয় ইয়াম্ববু ফাবা লাকপনি। দুৎ-তাৎ তৌনবসি কয়া ফজরোই , লেম্না চৎনবা তৌসি ।"

অশাওবনা শাজৌ লুতোন থূমখ্রে, মখা তানা ৱা ঙাঙবা থোক্তে।

ইমুংদা চঙদুনা ফৈজোম হোংদোক্লুরগা থোরকখি। মপুরোইববু পুবীখিদনবা থাবল্লে দারোগাদা কপ্তুনা হায়জে, কান্নখিদ্রে। থোঙ্গান্দা থাবা জীপ্তা শাজৌবু ইনখৎখিরম্মী।

থাবল্লে অমসুং লেম্বী মাঙ্গোন্দা তৌফম খঙদনা কপ্লম্মী। লৈকাইগী মী পূম্নমক অমুজাও কিনবনা থুপ-থুপ য়েশিন্নখি ।

অততাই তারবী থাবল্লে মচানুপী অনী পুদুনা থানাদা চেল্লকই। থানাদগী লাকপগী লোয়শঙদা পৃখ্রে তাক্লকপদগী মখোয় মফমদুদা অমুকসু চেল্লকই। মখোয়না থোঙ্গাল য়ৌরকপদা শাজৌ জীপ মনুংগী সিফাই মরক্তা কাখৎখ্রে। ৱাহৈ মচেৎ অমা ফাওবা হায়নবা নংহৌদনা জীপ থৌখ্রে। লোয়শঙগী বাবুশিংদা হংলুবদা জেলদা থাখ্রে তাক্লকখি ।

উপায় লৈরক্ত্রবদা তমুবীনা চিংদুনা মখোয় নিংথেমগী বঙ্গলোদা লাকখি। অদুবু ইকাইবা থাদোক্লুবগী কান্নবা লৈরমদ্রে, মন্ত্রী দিল্লী চৎখিরম্লে। হল্লক্কদবা মতমসু খঙনদে। ৱাখল থোকত্রবী মমা-মচা অহুম য়ুমদা হল্লক্লম্মী ।

শাজৌ জেলদা লৈরকপা হুম্নি শুরে। ময়ূমদগী থোরকখিবা নুমিৎতগী মহাক্কী ময়াদা চবুম অমা তাদ্রি। ডাক্তরনা মহাক্কী অনাবা কুপ্না চেক তৌরগা গ্লুকোজ কাপ্লম্মী; ৱারী খর শানিংবগী মওংদা মহাক শাজৌগী ফমুং নক্লা চৌকি চিংশিন্দুনা ফমথরকখি। থোঙাকপা পুলিস অমা চঙলক্কুনা হায়রৈ," নুপী অহুম গেটতা লেপ্লি, উননিংঙি হায়রকই।"

" হকচাং ঙমদে।" ডাক্তরনা খঙহল্লি," হৌগৎপা নুংঙাইরোই।"

" ঐ থোরকপা য়ারোই, মখোয়দু য়ূমদা হনখ্রো খর হায়বীয়ু ।" মখোঙ অনী লেঙনবা হোৎনবদা চৈনা খাঙলিবা শাজৌগী মমিৎ অনী পিনা থুম্মি ।

পুলিস থোকখ্রে । শাজৌ পেন্দবনা মমিৎ উইশিল্লি ।

" অসুক থীনা ফুগাইবীদৌ শরুক হাৎতোকপীবনা ফবনি ।"

" খুড়া করিসু তৌররোই ৱাবীরুরনু ।" ডাক্তরনা থেমজিল্লি ।

" ৱাবা নত্তে ইবুংঙো ডাক্তর, শিবা ঙমদবগী নুংঙাইজদবনি ।"

" করিগী শিজরুনি,খুড়ানা লাল্লুবসু নত্তে, মসি দম্বাগী ৱানি খন্দোকসি।"

"এঃ করি ? ইবুংঙোদি ঐ লান্দে হায়বা করম্না খঙবী ?"

" ঐ খঙজে, মরম অদুনা খুড়াদগী অশেংবা ৱারী তাজনিংদুনা ঙাইজরিবনি ।"

" মীপুম খুদিংনা ঐগী ৱা থাজবীদ্রবদা ইবুংঙোদি করম্না .....?"

" খুড়া নুংঙাইতবা তৌবীগনু , মখোয়না শীরিবা মরাল অসিগী ৱারীদু নচাদা অমুক্তদি লীবীয়ু ।"

ডাক্তরগী থম্মোয় শেংনা তানিং-খঙনিংবা উরগা শাজৌনা থাবল্লেগা য়ূমলিংলকপদগী হৌরগা জেল য়ৌরকপা ফাওবগী শাংলবা পুন্সি ৱারী অমা মরীক চূম্না লীখি । মচা থোইবাবু লাইবিক তমহন্নবা হোৎনবদা পূশিল্লুবা শেল, থেংনরকপা কেশ, শেন্দোই হুনবগী অৱাবা, অমুজাওগা ঙাঙনখিবা ৱাফম্নচিংবা তম্বদা শাজৌ মমিৎতা ঈরা চেনখি । মুন্না তারিবা ডাক্তব খঙনিংবা ৱাৎলিবগুম য়েংঙি ।

" খুড়াগী ইচা নুপাগী ৱারীনা ঐবুসু য়াম্না ৱাহল্লি । মহাক চহী কয়াগী লেংগানো ?"

" ইবুংঙোনা খজিক্তংদি হনগদবা মাল্লি ।"

" মমিংবু করি কৌবগে ?"

" থোইবা কৌই ।"

" থোইবা ?" ডাক্তর ঙাইহাক নিংশিংবা হোৎনৈ ।

" থোইবাগা খঙনবীখিব্রা ?"

" নিংশিংবদি থোক্লে,মিংদু তারগা খঙনখিবগুমদি তৌই ।"

" ইচাদু মনীং থুংদবদগী মাঙজখিবনি, মখোঙনা থোংনা মোংফম য়ৌখিবা । মানা য়াম্না খোইদাজবী হৌমিন কামিন্নরকপী লৈশাবী অমগা থোং মান্নবা হোৎনজবদা ঙমখিদবদগী য়ূম থাদোকখিবনি খল্লুরগা খুড়াগী থম্মোয় পুবা ঙমদে ।"

" লৈশাবীদুদি কদোমদগীনো ?"

" হান্নদি ঐখোয় খুন্দা লৈরম্মী, হৌজিক্তি ইম্ফালসিদা হোংলকখ্রে, ময়ূমসু পানখ্রবনিদা ?"

" মমিং করি কৌবগে ?"

" হেমাপতি, ময়াম্না হেমা কৌনৈ । পাখং লৈশাবীগী ৱারীনিদা

ইবুংঙো ডাক্তর ।"

ডাক্তর হায়ফেৎ নোক্লম্মী ।

"ঐনা খঞ্জবদা খুড়াদি ঐবু পোকপীরম্বা বাজীগা লোনবা শাবা ওইগনি; বাজী অদুম কৌজগে।"

" ইবুংঙো ডাক্তর , নুংশিবীবনি ।"

" বাজী শিখ্রবদি অচুম্বা ৱারোল কনাদগী থোরক্কনি, যূম মৈ থাবনি হায়না ময়াম্না অদুম থাজনা চৎনখ্রগনি । বাজী ৱাখল চাউথোকপীয়ু, কোর্ত্তা অচুম্বা মশক তাক্তবা য়াদে । চাক চানবা তৌসি, নচা থোকচরগে ।"

ডাক্তর চৎখ্রে । শাজৌনা লীখিবা ৱাবী ময়ামদুগী মবক্তা খরনা অঙাং মাল্লি, খবনা অহল। অসুম খল্লুরগা মহাক ফনা যাম্না ইকাইজরক্লে।

ডাক্তব অমুক হল্লক্তুনা শাজৌদা হীদাক অমা কাপ্লম্লগা জেলগী মপান থোরকই ।

য়াচংবদা ডাক্তব মযুমদা চঙলক্লম্মী । নঙ্গন্দা মচা পোদুনা তুলসীবৃংদা থাউমৈ থাল্লম্বী হেমা মতম চাদনা ডাক্তর হল্লকপা উবদা খঙনিংবনা হাল্লি।

" করি লৈবীববনো হৌজিকপু ?"

" ঐ নঙবু উনবা লাকপনি ।" ডাক্তর মোমোন নোকপদা ফাগি যাওরি তাকথোকখ্রে।

" করি মরমগী ?"

" পাউ অমা পুবকই ।" ডাক্তর ইমুংলোমদা লেপ্তুনা চঙশিল্লি, " লাকখোনে ।"

" করি পাউনো হৌজিক্তা ?"

" তম্লক্লে ঙাইখোবা ।"

" জেল হনবীরুখিগদবা নৎত্রনে ?"

" হোয়, চৎতবা য়ারোই; নঙবুসু চৎলুখিসি হায়নিংলিবা ।"

" নখোয় জেলদুদা ?"

" হোযনে, নঙনা অনাবা অমা লায়েংবা তারি ।"

হিদান্দা ফমথখিবা ডাক্তরদা হেমানা চৈশিল্লি, " করি করিনো, লাইওক্লুবীরক্লব্রা খঙদ্রেদা ?"

" লাইগী নত্তে, মীপাউ খর ফংবগীনি ।"

" কনানো,যাদু হৈবা, ভুত পুবা কনানো ?"

" মমিংদু পল্লবদি জ্ঞান মাঙখিগদ্রা কিবনা তাকনিংদ্রি ।" ডাক্তর নোকই ।

হেমা নোক্কে, অদুবু ৱারেমদা পকচদবা মীগীদমক খন্দবসু নত্তে ।

" নথন্তা চোইরোন্দু অদুম লোলবীহৌরো, ঐ চাক থোংলুরগে।"

হৌগৎলকপা হেমাগী মখূৎ ডাক্তরনা তাপ ফায়, মোমোনসু তোক্কে।

" শহুম চাউবা মীদু তাল্লুগে ,ঙাইখো ।"

" কিদুম কিশিল্লক্লে।"

" থোইবা খঙব্রা ?"

হেমা শ্বাই পাখৎলি । চীনবান অনী কেৎ কেৎ চিংদুনা ডাক্তরদা ঙক্লা য়েংলম্মী ।

" কনা থোইবা ?"

" অঙাং ওইরিঙৈ মরুপ্তু, মরক মরক্তা মঙদসু হেক লাকপদু ।"

" অস ! অদুগুম্বা ৱাদুবু। " খংহায়গা লোয়ননা হেমাগী মায়থোং খংমক মকশিল্লি ।

" নুংশিবা হায়বসিবু ঐ য়াম্না ৱাংনা থাঙ্গৎচৈ । নঙনা করিগুম্বা নিংশিংলকপগী মঙলান্দা তাওদুনা লৈবা উরগা ঐ য়াম্না নুংঙাইজবনি ।"

ইকাইবা খাঙবদা হেমা মকোক ঙাওখ্রে। মখূৎ খন্দুনা লাউরকই , " মখা তাবীরনু। হৌখ্রবা কান্নদ্রবা ৱাশিংদুগী ।"

" ঐগী নুংঙাইজবা নঙনা উদে ।"

" ঐবু হাৎতোকপীরো !"

" করিগী ? অঙাওবী, নখোয় অনী নুংশিনজরম্বদু ঐ খঙলক্কদ্রা কিবগী নঙগী থম্মোয়নুংদা তিংখং অমা য়ুরম্বদু ঙসিদগী ঐনা শৎতোকপীখ্রবনি ।"

" ডাক্তর !"হেমানা মপুরোইবগী মথা নুংদা পূল্লপ চঙদুনা হিক্লা হিক্লা কপখি, "ঐ অপঙবীনি, নঙগী ননাই অপঙবীনি ।"

ডাক্তর হেমাবু চেৎনা কোনশিনবীরগা মনঙ্গন্দা পোপ পোপ ফুই, " হেমা, ঐসি কয়াদা লাইবক ফরিবনো, নঙগুম্বী অমা লোয়নবী ওইনা

ফংজবদা।"

হেমাগী ইকাইজবা কোক্তি ডাক্তর অমুক চৎনবা থৌরাঙ তৌরে।

" ঐ ব্রা অমসু হায়গে লাকপনি ।"

" তাকপীয়ু।"

" নঙ হয়েংদি অয়ুক ঙন্তা জেলদা লাকপা তারে ।"

" করিগীদমক ?"

" ঙসাই ঐনা হায়খ্রে, অহল অমা নঙনা সেবা তৌদবা য়াদ্রে ।"

" কনা অহলনো ?"

" থোইবাগী মপা। বাজীদু মরাল লৈতনা জেল চঙলক্লে ।"

" ঙকমনবদগী হেমাগী ব্রাহং থুখি ," করি মরমগী ?"

" মরমদু হয়েং খঙলরো, শোয়দনা লাক্কদবনি ।"

" ঐ শোয়জবোই ।"

ডাক্তর হেমাগী মকোক্তা অমুক্তং নাল্লমল্লগা থোকখিরম্মী।

মথং অয়ুক্তা হেমা জেলদা ঙন্তা থুংলৈ। ডাক্তরনা মহাকপু শাজৌগী মনাক্তা পুশিল্লি । শাজৌগী মখোঙ শোক্লা খুরুম্লগা হেমা কপ্লম্মী। শাজৌসু মপি থিংবা ঙমখিদ্রে ।

" মামা করি মতৌনো, করি লাইবক্লো ?"

" ইবেম্মা, নঙবু উবদা ইপা হিংগদবা মাল্লক্লে । কনানা তাকপদগী ঐ অসিদা লৈ হায়বা নঙনা খঙলিবা ?"

" মামা , ডাক্তরসি নচানি ।"

" ও !" শাজৌ মায়থোং লাংশিল্লি, খোঞ্জেল ফাই, " ইচা ডাক্তরবু ঐগী ব্রারীনা নুংঙাইহন্দ্রে ।

ডাক্তর নোক্তুনা অতিংবা ব্রাখল উৎলকই, " বাজীনা লীবীবা ব্রারীদুনা ঐনা মচা অমগী তৌফম থোকপা থবক পাঙথোকপা ঙমজগদৌরিবনি । মসিদগী হেন্না নুংঙাইবা অমা ঐ মফম কদাইদগী ফংগনি।" ডাক্তর হেমাদা অমুক শিন্নে, " বাজীবু খর পীজনবা তৌ,কুইনা চারক্তবনি।"

হেমা খাউদগী অচা-অথক লৌথোক্তুনা শাজৌগী লুখুমদা লৈবা উপুদা থল্লম্মী ।

# ২৭

অমুজাওগী শেলগী মতিক চাউখি । পুলিসশিংনা ৱাহংগী মিংদা শাজৌবু য়াম্না ওৎপীখি ; খুমিৎ, খোঙনম অমদি খুজিন্দা য়োৎচৈনা য়ৈখিবগী দাগফম লৈ। নীংজোন অমসুং খুবোমগী তোংশা পোপ্লে,খুরাইগী শব্দ শোকপা য়াদ্রে। অরোইবদা শাজৌগী মমায়দা ফিনা খুম্লগা ঈশিং হৈখি, মদুদা মহাক তোয়না শিখিবনি। অদুবু মহাক্কী চীন্দগী অশেংবা নত্তনা ৱাহৈ কাবন থোকখিদে।

শাজৌবু কোর্ত্তা পুখৎলকপা নুমিৎতু মশা চুম্না লেপ্পা ৱাজরি। ময়াঙসু কংত্রিক কংলে,পাঙ্গল লৈরম্ফম থোক্তে। মহাক অচুম্বা বিচার ফংগদৌরিব্রা, মিয়াৎ তাগদৌরিব্রা,মহাকপু কোর্ত্তা পুথোক্লি হায়বা ইমুংগী মীশিংনা খঙলমগদ্রা, মমাক নিংথেম্না অসুক য়াম্না মীনিুংশি যাওদ্রিবসি করিগীনো হায়বনচিংবা মখল-মথেল পুলিস গাড়ী মনুংদুদা নৈনরিঙৈদা বিচার লোয়শঙ য়ৌরকখিফম খঙহৌদে। পুলিস অনীনা মহাকপু শমদুনা কোর্ত মনুংদা পুশিল্লম্মী।

জজ সাহেব ফম্লমদ্রি। উকিন তরামুক্তি মনুংদুদা মথৌ চিন্নরি। অতৈ মীসু থন্না ফম্লম্লে । লুকথরম্বদগী শাজৌ অমুক্তং লৈদুনা য়েংলকপদা উকিল নরজীৎকা জেল ডাক্তরগা চঙমিন্নরকপা উরম্মী ; মহাক্কী মী য়াওরে খন্না পুক্লিং-থৌনা খংচাউ চাউখৎখি ।

জজ চঙলকপগা ময়াম ফুক ফুক হৌগৎনৈ, ৱাদি অমত্তা ঙাঙনদে। জজনা ফমখিবগা নরজীৎ মাঙদা কাখৎলকই। নাকন্দা অমুজাও মচানুপা

অহুমগা ফম্বা উরুবদা শাজৌ শাওনিংবনা পিং লাওই, মশা নিকখি।

জজনা কেশ চৎথনবা ঈঙ্গিৎ পীরকপগা শাজৌবু থৌপাংবনা ডোক্তা পুখৎতুনা লেপহল্লগা অচুম্বা ঙাঙগনি হায়না গীতা পায়হল্লে। মহাক্কী মনাক নক্কা অমুজাওগী উকিল লেপ্লে, হংবা হৌই।

" শাজৌ, অমুজাওগী যূম মৈ চাকখিবদু করি নুমিৎনো?"

" লৈবাকপোকপনি।" শাজৌ পেন্দবনা উকিলগা শীংননিংবগুম য়েংলম্মী।

" মতমদি?"

" অহিংদনি, নোংয়াইগী মতম ওইরমগদ্রা।"

" নঙগী যূমগা অমুজাওগী যূমগা কয়া লাপ্লে?"

" লাপ্লদে, যূম অমত্তনা খনবনি।"

" ফুট কয়ারোম ওইগনি?"

" চনীদগী হেল্লোই।"

" মখোয়গী শুমাঙ-মাঙ্গোন্দা ঙাঙন-হায়নবা ৱা নঙগী ইমুংদা তাবা ঙম্বা?"

" তায়।"

" অমুজাওগী যূম চাকপা মতমদা নঙ মৈ কনবা য়াওকব্রা ?"

" য়াওজরুই।"

" করম্বা মতমদা, অহৌবদগী?"

" ঐনা তেক পায়দুনা চেনখিবদা ময়াম মৈ কনবা তোক্তুনা তুম্না চাকপা য়েংনরম্মী।"

" যূমদু তুম্বদা পূং কয়া চঙলমগনি?"

" পূংশিংদি হায়বা ঙমজদ্রে, কুইনদি চঙগনি।"

" লৈকাই-খুলগী মীশিংনা লাউ-খোংদুনা মৈ কল্লমগনি?"

" কন্না লাউনৈ।"

" নঙদি অহৌবদগী করিগী য়াওরুদে ?"

" খঙদবদগী, ময়াম লাউনবা তাখিদবা।'

" মতমদুদা নঙ মফম কদাইদা লৈ?"

" যূমদা লৈ, তূল্লি।"

" ইমুংদুদা নথন্তা লৈব্রা?"

" ঐখোয় অহুম লৈ,ঐগী নুপীগা ইচা লৈশাবী অমগা।"

" মখোয়নদি হৌদোক্তুনা তাল্লুক্ত্রা?"

" মখোয়সু তাদবনি।"

উকিল জজ সাহেবকী পুক্লিং চিংশিল্লি, " মাই লোর্ড, তৃমদবা মী হৌদোকপা লুবনি। মখোয় অহুম্মক তানা তানা থোঙ লোন্দুনা তৃম্বনি।"

উকিল ৱাহং চৎথৈ।

" তুংদদি নঙ মৈ চাক্লি হায়না করম্না খঙলকই ?"

" ঐনা মীকপ থোরকপদা লাউ-খোংনবগী খোঞ্জেল তাদুনা মপান থোক্লুই, মামা অমুজাওগী য়ুম চাক্লম্বা উরুবনি।"

" অদুদগী নঙ মৈ চাকফমদা চেনব্রা?"

" হোয়, চেনজৈ।"

" কবি লোয়নৈ?"

" ঐগী নুপীনা হাযবা মতুংইন্না তেক পুদুনা চেল্লি।"

উকিল য়াম্না চিং-লেম্না জজদা ওনশিল্লম্মী," মি লোর্ড, শাজৌগা মাগী নুপীগা ফজনা লৌতুনবনি। মাগী নুপী হৈ-শিংবীনি। মীয়ামদা উৎ চাইবা য়ানবা, মৈ কনবা ঙম্লরোই খনবা মতমদা, মাগী নুপাবু তেক পুদুনা চেলহনবনি।"

" ৱাফমদু অরানবনি," শাজৌ মমিৎ ঈ কানা লাউরকখি, " ঐ কন্না তৃম্লুবনা করিসু তাখিদে।"

" ওবজেক্সন।" নরজীৎ হৌগৎলকই।

জজনা অমুজাওগী উকিলদা চৎথনবা হায়খি।

" শাজৌ, নঙ অমুজাওদগী শেল পূরুবা লৈব্রা?"

" লৈ, পৃখি।"

" কয়া পূরুই ?"

" ঐনা পৃখিবা শেল য়াম্মি। হৌজ কয়রক্তা শিংখ্রে। লূপা চনীগা শেন্দোই খরগা শিংগদবা ৱাৎলি।"

" নঙনা লৌরুবা কয়া কুইরে ?"

" চহী মঙা শুরে।"

" হৌজিক ফাওবা শিংদ্রিবা করিগীনো ?"

" ঐ য়াম্না লাইরবা মীশক্লি, শিংদোক্লবা কন্না হোৎনজবদা হৌজিক ফাওবদি ঙমদ্রি।"

" চহী অনীগী মমাঙদা নঙ ক্ষতিপূরনগী শেল য়াম্না ফংখি, চুম্ব্রা ?"

" ফংজখি।"

উকিল নোক্লগা জজদা য়েংঙি," মাই লোর্ড, ফ্রিগ্রি অমদি নমথাক তৌবগী লমচৎ শাজৌদা লৈ হায়বসি খঙজিনবীসি,মহাক ক্ষেতিপূরন লূপা লিশিং মঙাদগী হেন্না ফংখ্রবা মীশক্লি।"

জজ শাজৌদা মুন্না য়েংখি। উকিল তাঞ্জা লৌখ্রে মতাগুম মখা চৎথৈ।

"থাখাই মুক্কী মমাঙদা অমুজাও নঙগী য়ূমদা শেল থৌবা লাকখিব্রা ?"

" লাকখি।"

" নুমিৎতুদা নঙগী য়ূমদা কনা কনা লৈ?"

" ঐগী নুপীগা ইচানুপীগা ঐখোয় অহুম লৈ।"

" অমুজাওগা নখোয়গা খৎনব্রা?"

" খর কনতক ঙাঙনখি।"

" মানা করি করি হায় ?"

" ঐগী য়ূম মৈ থাদুনা ঐখোয়বু খুন্দগী তান্থোকপা ঙম্বনি হায়।"

" নঙনদি করি খুমখি ?"

" ঐগী য়ূম থাদ্রিঙৈদা মাগীনা হান্না চাক্কনি।"

হন্দক্তি অমুজাওগী উকিল মায়থোং লংনা উই।

" মাই লোর্ড,শাজৌ অমদি মাগী নুপী মলোম অমগী মখাদা লৌতুনরগা অমুজাওগী য়ূম মৈ থাবা শেংলবনি। মরাল লৈজদবা মীগী মরল-মথুম মাঙহন তাকহনবতা নত্তুনা ইমুং অমগী মীয়াম পুম্সিবু খুদোংথীবদা তাহন্নবা হোৎনবগী অচৌবা মরাল লৈরবা মীশক্লি। আই ঃ পি ঃ সি ঃ সেক্সন ৪৩৬ কী মতুং ইন্না চহী তরনিথোই ফাদোক পীবা অমদি ফাইন লূপা লিশিং অমগা লোয়ননা অমুজাওগী শেল

শিংহনগদবনি। দেতস অল, লোর্ড।"

অমুজাওগী উকিল চৌকিদা ফমথখিবগা নরজীৎ হৌগৎলকখি। নরজীৎনা হায়জবদগী জজনা অমুজাওবু ডোক্তা লেপহনখ্রে, লোয়ননা জামাদারনা গীতা পায়হন্দুনা ৱাশকহনখি। উকিল হংবা হৌরকই।

" অহল, লাঞ্জদবা মীদা মরাল শিজিনবা হায়বসি পাপনি। শাজৌ হায়বসি অহলগী যূম্লোন্নবা ওইনা মতম কুইনা লৈমিন্নরক্লবা মীওইনি। মমাঙ থক্তা মহাক্না তৌখিবা হুরান চীন্থী অমদি মীহাৎ মীপুন্নচিংবা ফত্তবা থবক্কী মরমদা খঙবী উবীখিবা লৈব্রা? হায়বীয়ু মহাক তমথীবা থবক্তা হৈনবা মীশক্লা ?"

অমুজাও খুমদে,' হোয়' হায়নিংবগুম মাগী উকিলদা য়েংঙি। অদুবু নরজীৎনা তকশিল্লকপনা হানখি।

" শাজৌগী ফত্তবা লমচৎশিং খঙবীবা লৈরবদি হায়বীয়ু।"

" মীঙোন্দগী শেল য়াম্না পূই।"

কোর্ত মনুংগী মীয়াম খোঞ্জেল থোক্তনা হায়ফেৎ নোক্লখি। উকিল অমুজাওদা মুন্না য়েংলি।

" অহলগী যূম মৈ থাবা মীশকসি শাজৌনি হায়বা চুন্লেকো ?"

" চুন্নবনি, মানা থাবনি।"

" মানা মৈ থাবা উবীহৌব্রা ?"

" উহৌদে।"

" উহৌবা মীদি লৈব্রা ?"

" উহৌবা উহৌদবা মানা থাবনি। মানা নত্তনা কনানসু থারোই।"

" মৈখেৎ খেৎলগা থারম্ব্রা,মোম্বতিনা চুরম্ব্রা,উচান মৈরা লংশিল্লম্ব্রা ?"

" মখূৎনা থারম্বনি।"

মীয়াম নোকপগী খোঞ্জেল খজিক্তং থোক্লরকই, জজনা তুমিন লৈনবা হেস্মর য়ৈ। তাঞ্জাদুমক্তা থোঙদগী নুপা অমা হোৎচিল্লকই, খাম্নবা নংহৌদে, জজগী মনাক নকশিল্লগা লাউরৈ, " অমুজাওগী যূম ঐনা থাবনি, শাজৌগী মরাল লৈতে।"

কোর্তগী মীয়াম নুপাদুদা ঙক্লা য়েংনৈ, জজসু ঙকপা য়াওরি। মকোক

মরু ইফা ফাবা মোৎতাই-শুদাইনবা নুপাদু অঙাওবা ওইরমগদ্রা হায়না ময়াম মুরুম-মুরুম ঙাঙনৈ। নুপাদুনা লাউরি," শাজৌনা য়ূম মৈ থাদে। মাবু থাদোকপীয়ু। ঐবু দণ্ডি পীবীয়ু।

হন্না হন্না লাউদুনা লৈরবদা জজনা ডোক্তা নুপাদবু পুখৎহল্লি,গীতা পায়হন্দুনা ব্রাশকহনখ্রে। মাগী পাউখুম মীয়াম তানিংবনা তুমিন তুমিন য়েংনৈ।

" নমিং করি কৌই ?" জজনা ময়াম্বু তাহন্নিংবনা লাউনা হংঙি।

" তোলমু কৌজৈ।"

" চহী কয়া শুরে ?"

" কুন্থ্রা হায়রে।"

" য়ূম পাল্লব্রা ?"

" পাঞ্জরে, অঙাং অনীসু লৈজরে।"

" লৈফম হায়য়ু।"

" ককচিংদগীনি।"

জজনা অমুজাও অমসুং শাজৌদা মশক খঙব্রা হায়না ইঙ্গিংতা হংঙি। অনীমক্না খঙঙি হায়খি।

" তোলমু, অমুজাওগী য়ূমসি তশেংনা নঙনা থাবনিকো ?" জজ নোক্লিংনা উই।

" অশেংবা ঐনা থাবনি।"

" করি নুমিৎতনো নঙনা মৈ থাবা, ঙসি কয়ানি শুরে ?"

" লৈবাকপোকপা নুমিৎতনি, থাখাই ফারে।"

" নথন্তনা থাব্রা, নঙবু তেংবাংবা মী য়াওব্রা ?"

" কনামত্তা য়াওদে, ইথন্তনা থাবনি।"

" করিগীনো নঙনা মীগী য়ূম মৈ থারুরিবা।"

" লমন খুম্নবা।"

" কনাবু ?"

" অমুজাওগী মথক্তা।"

" অমুজাও নঙগী য়েক্লব্রা ?"

" য়েক্লবা করিনো খঙজদে, অদুবু মানা ঐবু হায়ফম খঙদনা

নুংঙাইহন্দে।"

" পূং কয়া তাবা মতমদা থারুই ?"

" মৈ থারম্বদি নুমিদাং পূং তরা অদুৱাইদনি, অদুবু পূংখাই অমগী মতুংদা চাকপা হৌরকই।"

কোর্ত মনুংগী মী পুম্নমক তোলমুগী ৱাফম লৌশিনবা ঙম্নদে । জজনা ময়েক শেংহন্নবা হোৎনৈ।

" অমুজাওগী য়ূম করিনা কুপ্পি ?"

" ইনা ।"

" নঙ কদাইদগী মৈ চূবম্মি ?"

" য়ূমথক্তগী ।"

" য়ূমথক্তা কাখৎলগা ?"

" নত্তে, লংখৎখিবনি ।"

" ই মথক্তা লংখৎখিবা মৈরা-মৈহুম্না পূংখাই অমগী মতুংদা চাক্কদ্রা ?"

" ঐনা লংখৎখিবদু মৈরা নত্তে,মৈ হৌবদা মতম চঙবা পোৎনি।"

" করি পোৎনো, মুৎপসু নাইদবা ?"

" মৈখেৎনি ।"

" মীনা খেৎপা নাইদনা মথন্তা হৌজবা মৈখেৎ লৈব্রা ?"

" মথন্তা মৈ হৌজনবা ঐনা শেমজবনি।"

" করম্না ?"

" মৈখেৎ,চুরুট অমদি পেট্রোল লূপ্পবা ফিজেৎ শিজিন্নদুনা শেমজৈ ।"

" মদু মফমসিদা শেন্বা ঙমগদ্রা, হৌজিকমক ?"

" শেমজগে ।"

জজনা জামাদারদা মৈখেৎ, চুরুট,ফিজেৎ অমদি পেট্রোল পুশিল্লক্কবা হায়রম্মী । পোৎলমশিংদু ঙাইবা ওইনা ৱাহং চৎথৈ ।

" তোলমু, থৌরাঙদু নঙোন্দা কনানা তাকই?"

" ঐনা চাংয়েং তৌজবনি ।"

" থবক্তু নঙনা পাঙথোক্কবা হোৎনৈ হায়বদি নঙগী নুপী খঙব্রা?"

" খঙহন্দে। মাদি মশা কন্না ঙমদে,অকি-অখংগী  ৱা মঙোন্দা তাহনবা য়াবা মতম থোক্তে । অদুগা মানা খঙলবদি  ঐবু থিংগনি ।"

" নঙগী য়ূমগা অমুজাওগী য়ূমগদি কয়া লাপ্লে ?"

" মাইল মখাই অমরোম লাপ্লে ।"

জজ ফাইল অমা ঙাইহাক পারুরগা পুশিল্লকপা পোৎ য়েংদুনা তোলমুদা পীনবা ইঙ্গিৎ তৌখি ।

" তোলমু, নঙগী মৈনা শেল্লো ; মখা অহাঙবসিদা কূমথরকপা য়াগনি ।"

তোলমু চুরুট অমা মচীন্না চুপ্লগা চমখৎলি, মৈখু মরাং কাইনা থোকহন্দুনা মঙা তরুক্লক শোৎ শোৎ চিংঙি । মৈখেৎ মরু খর লৌথোক্লগা অহাঙবা মফমদুদা চীনচুপ লোমদগী চুরুটকী তঙ্খাই শকুক অমা ইনশিল্লগা মৈখেৎ খুমজিল্লে। হীদাক তৈবা মৈখেৎ মরুগা নক্লনা চুরুটকী মৈখু কারী। পেট্রোল লূপ্লবা ফিজেৎনা মৈখেৎপু ময়াই ওইরপ ফজনা পুল্লগা থল্লে। তোলমু থবক লোইরে হায়বগী মওংদা জজদা য়েংলম্মী। মহাকপু জজনা দোক্তা অমুক লেপহনখ্রে।

" তোলমু নঙোন্দা হংগদবা লৈরি।" জজ নোকফেৎ তৌনা য়েংলম্মী।

অমুজাওগী উকিল হৌগৎলকই।

" মি লোর্ড, তোলমু হায়বা নুপাসি উৎ-পাৎকী মীশক্লি, মানা কোর্ত অসিবু নমথাক তৌদুনা লান্না লমজিংগদৌরে।"

জজ উকিলগী ৱা থোইনা থৌশাদে, ৱাহংদা পুক্লিং চঙঙি ।

" তোলমু য়েক্লবা অমুজাওগী মথক্তা লমন শিংনবা নঙনা মৈ থাখিবনি ?"

" হোয় সাহেব।"

" অমুজাওগা নঙগা নুংঙাইনদবগী মরমদি করিনো?"

" অহলসিনা ঐবু মী ওইনা উবীদে।"

" করিগী?"

" ঐ মাগী শেল তোনবা মীনি ।"

" লূপা কয়া পূরুবগে? কয়া কুইরে।"

" লূপা য়াঙ্খে পূরুবনি,চহী অনী শুরে। শেন্দোই লূপা মরিফু পীখ্রে।"

" অদুক য়াম্বা শেন্দোই পীবা পাম্মুদ্রা? করিগী শেল শিংদোক্তে?"

" ননাই ঐ য়াম্না লাইরজে। ফনা কন্না হোৎনজবনি, অদুবু মাগী শেলহুৎ শিংদোকপা ঙমদনা লৈরে।"

" অমুজাওনা নঙোন্দা শেল কন্না থৌব্রা? নঙ শেন্দোইসু লেপ্তুনা পীরি।"

" থৌই,অথীবা ৱাহে খোন্দাদা চৈ। ঐগী নুপীদনা খর তোয়ন হায়রে।"

" শেলদি নঙনা পূরুব্রা নৎত্রগা নঙগী নুপীনা?"

" ঐনা পূজরুবনি।"

" অদগা করিগীনো নঙগী নুপীদা হেন্না থৌরিবনা?"

" মদুগী মরমদনি ঐনা মাবু হাৎসিরা খল্লিবা?"

" করিগী ?"

" ঐনা চৎথোকখিবা অচেংবা তাঞ্জা য়েংলগা মা শেল থৌবা তত্তনা চঙলকই হায়বা ঐগী নুপীনা তম্মি।"

" শেল শিংহন্নিংদুনা তোয়না লাকপা ওইরমগনি।" জজ মীয়ামদা য়েংঙি।

" অমুজাওসি য়াম্না ফত্তবা অহলনি। নোংমা য়াচংবা মতমদা ঐ য়ূমদা হঞ্জিল্লকখি, ইমুংদা লাউ-খোংনবগী খোঞ্জেল অমা তাদুনা চেনশিনখিবদা চাকথোংদুনা লৈরিবী ঐগী নুপীবু মানা হিপফমদা চিংশিন্নবা হোৎনরম্মী। ঐ উবদগী মা মনীংথোঙ ফাওদুনা চেনখ্রে। ঐ তান্নগে খনবনি অদুবু ঐগী নুপী ৱাস্থখ্রে, লায়কন্নবদা মাবু থাদোকপা য়াখিদে। নুমিৎ অদুদগী ঙসি ফাওবা ঐগী নুপী ফমুংদা য়াতাদুনা লৈরক্লি। ঐ অমুজাওবু হাৎনবা লোন্না থাঙ ফেঙলম্মী, মদু খঙবদগী ঐগী নুপীনা খোঙ পায়দুনা হায়জখি, কন্না খামখি। ঐ অহিং কয়া তূমখিদে, চাবা চঙদে। ইতৌ য়েংলগা মহাক কপখি। ঐ অমুজাওবু চপ চানা লমন শিংগে লেপখিবনি।"

পাখৎলপ তারম্বা অমুজাও লাউরকই," মচীন থীবনি।"

জজনা অমুজাওগী ৱা তাদবগুম মৈখু কারিবা চুরুট মৈখেৎতা

য়েংঙি, মহাক্কা খংবদা ময়ামসু য়াওখি। মৈখেৎ ফ্রেক হায়বা মখোল থোকখিবগা পূমঙান ঙান্না চাকখ্রে। তপ্না তপ্না চাকখিবা চুরুটকী মৈনা মৈখেৎ মরূশিংগা থেংনরগা মৈ হৌরকপগী মতম জজনা ঘড়ীদা য়েংদুনা পারম্মী, মিনিত তরারোম চঙখি। জজ ৱাহং অমুকসু চৎথৈ।

" তোলমু, অসুম শেন্নবা মৈনা অমুজাওগী য়ূমথক্তা হুনগৎলম্লগা নঙ কদোমদা চৎলি?"

" সাহেব, ইরাল কুপ্নবা বাসোক শকফম মাগুব অমা য়ৌনবা চৎলি। ঐনা লংখৎলম্বা মৈখেৎসি অহুম্মি, অমনা শোয়ববসু অমদি শোয়দনবা। মরুপ খরগা ঙাইহাক ফম্মিন্দুনা লৈরুই, ইশৈগী মরোন্দি খঙখিদে। মৈ চাক্লে হায়না মীয়াম লাউনরকপগা ঐসু হৌগৎলে।"

" মতমদুদা নঙ করি খনখি ?"

" পাখৎলপ তৌই,ঐগী থবক মহৈ য়াল্লে খল্লি,মরুপশিংগা লোয়ননা মৈ চাকফমদা চেল্লি।"

" নঙসু মৈ কনবা য়াওরুব্রা?"

" য়াওজরুই, নুংশিৎ কন্না শিৎপা অদুগী মথক্তা ঈশিং তাঙবা মতম ওইবনা ময়ামদুনা কন্না হোৎনদুনসু মৈ কনবদি ঙমখিদ্রে।"

" মীয়ামদুনা করি ঙাঙনৈ?"

" অমুজাওগা নুংঙাইনদবা মীনা থাবা ওইরমগনি হায়নৈ।"

" মমিং পন্নবা য়াওব্রা?"

" অদুদি তাজদ্রে।"

" নহাল মখৈদি নঙ তুমিন লোৎতুনা লৈথোক্লগা ঙসিদা নরাল য়াজরিবদি করিগীনো ?"

" শাজৌ ফারমদ্রবদি ঐ তুমিন লৈরম্লগনি, লমন খুন্নে খল্লগা। মাবু জেলদা মিয়াৎ পীনবা কোর্ত্তা বিচার তৌগদৌরি তাবদা ঐ লৈবা ঙম্লক্তে। মরাল লৈজদবা মীসু অৱাফমদা তাহল্লি তাবদনি ঐনা ৱাখিবা। ৱাফম অমনা অমুজাওগী লমচৎপু মীয়াম মাঙদা হায়দোক্লবা অমদি ঐনা চপ চানা লমন খুন্নে হায়বসি খঙহন্নবা তাঞ্জা য়েংজরকপনি।"

" হৌজিক নঙ দণ্ডি ফংলগনি হায়বসি নশানদি খঙজরব্রা?

" খঙজরে সাহেব,দণ্ডিদু ফিগাও শানা য়াজরি। অদুবু ৱাফম

অনীখক্তং হঙ্গৎচগে ।"

" হায়য়ু করিনো ?"

" মরাল ইরৈ লৈজদবা শাজৌবু খোঙ্গোইনবীরে, লোকপ্তা-জেলদা থমদুনা ফুবীবে ; অৱাবা খাঙহল্লে । অসুম্না মরম চাদনা ওৎপী নৈবীবগী বিচারদি চৎথবীরোইদ্রা ? অনীশুবদা, অমুজাওগী যূম মৈ থাদুনা মরল-মথুম মাঙহনবগীদমক্তি ঐ জেল চঙলগনি। ঐগী নুপী অমদি ঐ, ঐখোয় অনীগী থম্মোয় নুংদা চাক্লিবা মৈসিদি কনানা মুথৎপীগদৌরি?"

মীয়াম তোলমুদা য়েংনবদা জজ নোকফেৎ তৌই," নঙগী ৱাহংসিগী পাউখুম পীনবা কোর্ত অসিনা মতম খর লৌখিবা তারি ।"

অমুজাওগী উকিল হৌগৎলকপদা জজনা পেচকারদা ওনশিন্দুনা লৈখ্রে,মাবু ঙাঙহন্নবা তাঞ্জা পীখিদ্রে । অপেনবা মায়থোংদা জজনা রায় শম্না লাউথোকখি।

" চিংনবদগী ফাকুবা শাজৌ কোর্ত অসিনা মরাল লৈতে হায়বা খঙলে । মাবু থাদোক্লবনি । মশানা মৈ থাবগী মরাল য়াজরিবা তোলমুগী মতাংদদি মথং নিংথৌকাবগগী অয়ুক মীফমদা খন্নগনি ; মখা তাবা হুকুম অমা তাদ্রি ফাওবা মহাক জেলদা লৈগনি ।"

শাজৌ অমসুং তোলমুবু পুলিস গাড়ীদা হাপ্তুনা জেল্লোমদা পুখ্রে। অমুজাও মপা-মচা মরি মায়থোং লাংশিন্না উকিলগী তুং ইন্দুনা থোকখি। ডাক্তরগা নরজীৎকা মপান্দা ৱারী শানরি ।

" অদুদি উকিল সাহেব, বাজীবু জেলদগী পুথোক্লবা করি করির তৌখিবা তারি ?"

" ঐখোয় হৌজিক রায় কোপী লৌথোকখিসি, মদু পুরগা জেলদা হৌনবী খর পাঙথোক্কদবা লৈ।"

" পীজরিবা পৈসাসি য়ামদ্রবনি ।" ডাক্তর ফুরিৎখাউদগী লুপা য়াঙ্খে লৌথোকই।

" ঐ লৌজরোই, অহলসিগী অৱাবা ঐ খঙজৈ ।"

" ঐনা পীজবনি ।"

" লৌজরোই, হাপচিনবীরো ।" উকিল ডাক্তরবু থাগৎপা মিৎয়েংদা নোক্লস্মী," অহলসিগা করি মরি থোক্লবীবগে?"

" ঐগী অহল-লমনমক্লি খঞ্জখ্রবা।"

" ডাক্তর,কোর্ত হায়বসিদা তৌনরিবসি অসিনি ; ধর্মগী মীচংদা আইন্না লেপ্পা নুমিৎসু অদুম্মক থেংনৈ। অসিদনি ঐনা উকিল অমা ওইনা নুংঙাইজবসি ; লেঙঙসি ।"

পৃংশিং খরগীদমক জেলদগী চৎথোক্লুবা ডাক্তরবু অনাবা খরনা খৌরাংনা ঙাইনরক্লি। মহাক ঙসি পুক্লিং নুংঙাইনা উই, মঙোন্দা য়েংলগা শাজৌ মপি তৈথোক্লম্মী।

" ইবুংঙো , ঙসাই কোর্ত্তা উকিল নরজীৎকা চঙমিন্নরকখি।"

" হোয় বাজী, বাজী অৱাফমদা তাদনবা মহাক্কা তান্নজরুবনি। মহাক্লা হেন্না থৱায় য়াওবীরল্লে।"

" অসুক চাউবা লমনবু ঐনা করম্বা মতমদা শিংবা ঙমগনি।"

" মরাল লৈতবশিংনা দণ্ডি ফংবদা য়েংদুনা লৈবা হৌনদে হায়বা উকিলদুনি মহাক্তি ।"

" ঙসিগী রায়দু চুম্লবনিকো, ইবুংঙো?"

" চুম্লবনি,বাজী হৌজিকমক থোক্লসি।"

" হৌজিকমক?"

" মখোয়না তান্থোরকপা শোয়দ্রে।"

" তোলমু হায়বদুদি করম তৌবা তারি ?"

" মাদি লৈখিগনি, মাগী মরিংজেল থাগৎফম থোকই ।"

" কয়াদি মথোং চাদ্রিবনোসে, মীগী য়ূম থারুরিবদুবু।"

পুলিস অমা চঙলক্তুনা হায়রে, "শাজৌ থোকখিনবা পোৎ-চৈ লোইশিল্লো।

শাজৌ হরাওরবসু খাঙলপ তৌই, " হৌজিক অথেংবসিদা?"

ডাক্তর নোক্তুনা হায়," বাজীবু ঐনা ঙাইজরিবনি ।"

য়াচংবদা ডাক্তরনা শাজৌবু ময়ূমদা পুদুনা লাক্লম্মী। হেমা চাক থোংনবা হোৎনরম্বা মতম্মক্লি।

" হেমা, " ডাক্তরনা মপান্দগী কৌই, " বাজী লাক্লে।"

মখূৎতগী পোৎ থাদরম্বা খঙদনা হেমা চেন্থোরকই, " বাজী য়ৌবীরক্লে !"

"ইবেম্মা, ইপা লাক্লে, ডাক্তরগী থৌজান্দগী।"চোকথরবসু শাজৌ অপেনবদি চেন্নরি ।

" থবক পূম্নমক লোইশিল্লবনিকো?"হেমানা ডাক্তরদা হংলম্মী।

" লোইশিল্লে । বাজী ঈরুজনবা ঈশিং শাহনসি।"

হেমা ইমুংদা চঙখিবগা শাজৌ মাঙ্গোন্দা থাবা চৌকি অমদা ফমথৈ,ডাক্তরসু মোরা অমদা নক্না ফল্লে।

" বাজী ঐগী মিং নন্দনি,ডাক্তর হায়না মিংগৌবীবদু নুংঙাইজদে। বাজীবু ঐগী লৈখিদ্রবা অপোকপনি লৌজখ্রবনি।"

" ইবুংঙো নন্দ !"

" উকিলনা ব্রারী তৌরকপদা বাজীগী শেল ময়াম অমা মন্ত্রী নিংথেম্না মৎতুনা লৈরে।"

" ইবুংঙো, ইমাকনিবু হায়জনিংদেদা, মখোয়সিবু তাইবং মীরনে ।"

" মীওইবা তোনবনি,লল-থুমগীদমক মপা-মচা,মচিন-মনাও, মরুপ-মপাং তৎনবা ঙম্মি, মীনুংশিসু কাউনৈ । নিংথেমগী লমচৎসিদি শাগা য়াম্না নকশিন্নখ্রে।"

" অসিগুম্বা মতাং য়ৌরক্লবদি মখোঙনা মমং থিজরবনি হায়নৈ ।"

" অমুজাওনা বাজীদা তোল্লিবা শেলফমসিবু, চনী হায়ব্রা?"

" হোয়, শেন্দোইগদি চহুম্মুক শুরম্বা য়ারে।"

" উকিলনদি মদু শিংহল্লরোই, ইজ্জৎ দাবীদা মদুদগী হেনবা শেলফম অমা অমুজাওবু পীহনগনি হায়রকপনি।"

" এঃ এঃ ইবুংঙো মদু তোকসি । ইপানা মতম চুপ্পদা ভগবান্দা নিজরিবসি মীগী মরল তোন্না শিহনবীগনু হায়বসিনি। নোংমা থিংথেম্না জ্ঞান তারকপা নুমিৎ অমদা শোয়দনা শিংদোক্কনি।"

" বাজীনা অদুম খনবীরবদি থবক্তু পাঙথোকখ্রসি।"

" নন্দ, ইপাদা শেলদু হৌজিকমক্তি খৃৎতা পায়দ্রিদো,নিংথেম্না পীরকত্রিবনিনা । অদুগা ঐনা হৌজিক ব্রারিবসি শেন্দোলগীদমক মুনখিবা ষন পাবোৎ অতোপ্পদা য়োম্থোক্লম্নগদ্রা হায়বসিনি।"

" শেলদু ঐ পীজরগে। মখোয়না পোৎ অমত্তা মৎপা য়ারোই।"

" এঃ ইবুংঙো, কদাইদগী,অদুক চাউবা লমন অমা অমুক তোনশিনগদবা।"

" মপাগী মরল মচাগীনি হায়রবদি মচাগীদি মপাগী ওইফম থোক্তব্রনে? বাজীনা হৌজিক ফাওবা ঐবু মীতোপ ওইনা লৌবীরি। "

পিরাংনা থূন্নবা নন্দগী মমিৎ অনী য়েংলগা শাজৌ কপ্পগী খোঞ্জেল খান্বা ঙমখিদে। শুমাঙ মচিদা ঈশিং থাংদোরকপী হেমাসু মপি থিংবা ঙমখিদ্রে।

শাজৌ ঈরুজবা লোইদুনা ইমুংদা চঙলকপদা নন্দনা চাখুমলোমদা পুশিল্লি। হেমাগী নুংশিনা হোৎনবা সেবাদা পেল্লবা অহল হঙ্গৎনা য়েংলুবদি ঙমদ্রি,খঙহৌদনা পিরোইননা চীন্দগী খংহায় হায়দোকখি," অসি নৎত্রনে ঐগী ইমুংদুবু ?"

" নন্দগী ইখং খংবা পাউখুম্মি," অসিনি বাজীগী য়ূম, অসিনি ঐখোয়গী ইমুং।"

হেমাগী পেঞ্জবা ঙমখে লৈতে,অনীমক্কী সেবাদা লূপচখি।

" হেমা," নন্দনা হায়," নঙ হয়েং ঙন্তা বাজীবু য়ূমদা থিল্লু। ইমাখোয়বুসু পূখৎলক্কুনা মফমসিদা ঐখোয় পূন্না লৈননবা শিন্নসি। মসিদা বাজী-ইমানা করি খন্নবীগদৌরিবনো?"

" ইবুংঙো, নমাগীসু ঐগী ৱাখলসিগা মান্নরমগনি,হায়বদি মীগী য়ূম মৈ থারুবগী ইকাইজদুনা খুল হোংখ্রিবনি হায়বসি ময়াম্না নীংনগনি, মদুমক্তি ঐ পামদে। ইচাগী মীনুংশিবুদি করম্না থাঙ্গৎলোই ; লৈখিদ্রবা ইচা নুপা ঙসিদি হল্লক্লে খঞ্জরবনি ।" শাজৌ কপ্লি।

নন্দা হেমাদা য়েংঙি, " ঐসু চৎপদি য়াওনিংবনি, জেল থাদোকপা য়ারোইদৌরি। হৌজিক ঐ অমুক য়ৌরুখিগে। বাজী নুংঙাইনা পোৎথাবীয়ু।"

" ইবুংঙো থেংখ্রগনি।"

" বাজী, কনাগী নিংথেমদা লৈখিবা শেল, কনাগী তমুবীগী অৱাবা, কনাগী লৈখিদ্রবা ইচাগী মৈচাক পূল্লপ কাউথোকপীখ্রো। নিংথেমদা লৈখিবা শেলদু ইমাক অমা শেম্বীবনি লৌরসি। হৌজিক্তি অৱাৎপা পূম্নমক নচা

লৈজরি।"

শাজৌ অমসুং হেমা নন্দগী রা পুক্লিং চঙনা তায়। নন্দ চৎনবা হৌগৎলকখ্রে।

" বাজী, য়ৌজরুখিগে।"

" মঙ্গল ওইয়ু।" শাজৌনা নুংশিনা নানবীরম্মী।

নন্দ থোকখ্রে। হেমা অঙাং পমদুনা শাজৌগী মাঙদা ফম্লি। শাজৌ তপ্না হায়রকই, " ওন্থোক্লা নিংঙম্লক্রেদা, নঙগী পাবুংগা ঐগা তৎনরবগুম তৌনখ্রিবসি।"

" ঐসু ঙকচরি, অমনা অমবু নিংশিংনদবগুম লৈনখিবদা।"

" হৌজিকপু ঐ নঙগী পাবুংগী মাঙদা মায় করম্না উৎকদৌরি, ইযাম্বা-মরুপ শকখ্রবা মহাক্কী মফমদা ঐনা অসুক য়াম্না ইকাইখ্রিবসি করিগীনো? অচৌবা মরমসু লৈখিদবনি।"

" পাবুংনা বাজীবু কাউরম্ফম থোক্তে, নুংশিবসু ময়েং তারম্লোই। ঐ হয়েংমক পাবুংদা পাউ পীজগে।"

" ঙাইখো ইবেম্মা, ইখোঙনা থোংনা চৎলগা ইয়াম্বগী খুয়াদা তুজরুগনি। নন্দনা ঐবু মপামক্লি খনবীবসিনা নঙগী পাবুংগী মতিক চাবা ঙাই অমা ওইনা ইশাবু লৌজরবনি।"

" বাজী ! মদুমক্লা ঐনসু বাজী কৌজখ্রবনি।"

হেমানা কপ্পদা শাজৌ য়াওখি।

# ২৮

অযূক ঙন্তা শাজৌনা ময়ূমদা লাকপদা হেমা লোয়নরকখি। থোঙান্দা মৈ ওকপা থোরকখিবী থাবল্লেনা হেমা উবদা ঙক্লা য়েংলম্মী। হেমানাসু থাবল্লেগী তুংদা লেপ্লিবী লৈশাবী অমদা খঙনিংনা য়েংলি। থাবল্লে শাজৌগী শকফম য়েংলগা অৱা-নুংশি য়ান্ননা মপি শিন্থে ; জেলদগী থোরকপা অমদি মখা তাবা কেশকী ৱারোল তানিংবনসু ঙাইঙমদ্রে। শাজৌসু তম্মিংবা থোইদোকপা পাউ লোয়নরক্লি। অহানবদা মহাক শকখঙনদবদগী ঙক্লা য়েংনরিবশিংদু কোকহন্নবা হোৎনরকখি।

"ইবেম্মা হেমা, ননাওসি লেম্বী কৌই। তমুবীগী মনাওনি, নঙগীসু ননাও।" শাজৌ লেম্বীদসু ওনশিল্লি, "নচেসি হেমা কৌই, নমা ঐখোয় অনীগী ৱাবীদা তোয়না পন্নবদুনি । ঐখোয়গী অৱাবদা শয়েঙ তিংবীরিবা ইচানি।"

হেমা চঙশিল্লক্তুনা লেম্বীগী মখূৎ চেৎনা পায়রৈ, তমুবীগী মনাও লৈতে খঙবনা ঙকপদি কোক্লি।

"নঙ ঐগী ইনাওনি, ঐঙোন্দা ইচে কৌ।"

"ঐনসু ইচেমক্লি খঞ্জরে।" লেম্বী নুংশিনা য়েংঙি।

শাজৌবু জেলদগী থাদোরকপগী পাউনা লৈকাই পূম্মিল নিল্লি। মরাল লৈজদবা মীশক অমবু থীনা লাক্লবীবগীদমক অমুজাওবু শাওনৈ, অচুম-অরাল য়েংদবা মানবা পুলিসশিংবু পেন্দে। লাইরবা তোলমুগী মীচংদা মীয়াম চোংথোক্লরকই । কুইদে তমুবী য়ৌরকখিবা, হেমা লৈরম্বা

উবদা মহাক ইঙক ঙকখিরম্মী।

হেমানা তমুবী ঙকচানরি খঙনা হায়, " অসিনি তমুবী তাইবং হায়বদু, অমুক লাপথোক্লবা অমুকসু নকশিন্নবগী লীলা । ঐ বাজীগা ইম্ফালদগী লাকমিন্নবনি।"

তমুবী মরোল খঙদ্রবসু মখাদি হংথনিংদে।

ষন পাবোৎ শঙ্গোন্দা কৃন্দুনা লৈবা উবদা শাজৌ পূমঙক ঙকই। মপুক্লিংসু নুংশিরি।

" থাবল্লে অনীসিদি কনানা থিঞ্জিল্লকই ?"

" ঙরাং নুংথিল চেনশিল্লকপনি, মঙক্তা থৌবী য়াল্লকই । শঙ্গোলগী কোনফৈ নমথেল্লগা চেল্লকপা ওইরমাল্লে।"

" মখোয়গী মী লৌবা লাক্রা ?"

" হন্নসু য়েংলদ্রে।"

" লৈজরসনু ফরে, মখা তাবা ৱাফম খর তপ্পা ঙাঙনরগে।"

লেপ্পীনা ইমুংদা ময়ামগী থক্ল-চানবা কন্না লাঙলম্মী। থাবল্লে, হেমা অমদি তমুবী কা অমদা ৱারী শানৈ। হেমানা মহাক্কী মপুবোইবা ডাক্তর নন্দগা শাজৌগা জেল মনুংদা থেংনবা, নন্দনা যূমদা লাক্লগা পাউ তল্লবা, শাজৌগীদমক উকিল নেক্তুনা কোর্ত্তা কেশ লেপহন্নবা হোৎনবা, শাজৌবু মপামক্লুম লৌজবগা লোয়ননা ইমুং অমত্তা ওইনা লৈমিন্নজনিংবা অমসুং মহাক্লা অৱা-নুংঙাই অনীমক্তা শরুক য়ানবা লৌবিবা ফিরেপ পূম্নমক শুগাইনা তমখি । থাবল্লে কপখি, লৈখিদ্রবা মচা থোইবা হল্লক্লে হায়জে । তমুবী হেমাগী মীনুংশি চাউবা মতৌদা পেনখিবনা মমিৎ কুপ্তুনা য়েংলম্মী । নুংঙাইজবগী ঙমখৈ য়ৌববগুম হরাও মীনোক্কা লোয়নবা পিগী ঈরাসু চেন্থরক্লি ।

ঙাইহাক তুমিন লৈরম্বদগী হেমানা হায়," ইনাও লৈশাবীসি কনানো, ঐ ফজনা ভাব তাবা ঙমদ্রে।"

" ঐ তাক্কে ইবেম্মা।" থাবল্লে মপি তৈথোকই, " য়াম্না থাপ্পা চীংনুংগী খোংজাই খুল অমদা নখোয় বাজীগী ঙাই মতাও অমা লৈরম্মী। ইবুংদুগী মচানুপীনি অঙাংসি, ঐখোয়গা খঙনরকপা কুইরে। মহাক্লা ঐখোয়বু লুনা তৌই, নুংশিনিঙাই ওইবা লোনচৎ চৎলি । হৌজিক্তি মমা-

মপা অনীমক লৈখিদ্রে । বর্মাগী খুল অমদা লৈখ্রবী মচেগীদা মহাক লৈরুরে । মরাইবক্তা থীরিবদি মচেদুসু ইকুই কুইদনা লৈখিদ্রে । মচে শিখ্রবা তুংদা মতৈনা মঙোন্দা মিৎয়েং কারল চল্লক্কদবা উবদগী যুম থাদোক্তুনা অহিংদা চেল্লকখি। মণিপুরগী চীংলোন কয়া লানশিল্লক্লগা মরিং খুল অমদা মহাক চঙজফম লৌরুই । মহাক্তা হায়জবা তাবীদুনা খুলগী অহলশিংনা মহাকপু ঐখোয় যুমসিদা থিলহল্লকখিবনি। হৌজিক্তি সংসারসিদা মহাক্কীদমক ঐখোয়গী মথক্তা নখোয় লৈরে। নুংশিবীয়ু, লুনা তৌবীয়ু।"

হেমা শযেঙ তিংলম্মী," ঐখোয় লৈ, ইনাওগী তুবুম অমা তেকপা য়ারোই ।"

তমুবীনা লেম্বীগী মরমদা শমথৈ, " বাজীনা জেলদা লৈখ্রবা মতমদা ইমাগী থরায় কল্লকখিবীসি ইনাও লেম্বীনি । ঐ মহাক্কী থৌনা, লৌশিং অমসুং পূকচেল ফজনা খঙলে, তমজনফম ওই,ইনাও অমনি হায়বদা চাউথোকচনিঙাইনি ।"

হেমাগী থম্মোয়দা নুংশিবা অসুম হেনগৎলক্লি, খঙহৌদনা শীংথাখি," মশকসিবু অতাঙবনিদা ।"

শাজৌ ঈক-মাযথজবা লোইদুনা মমা-মচা অহুম পুনবদা যাওবৈ, নুংগী পেঞ্জবদা তপ্পা হায়, " ইচা নন্দগী পূকচেল অঙকপনি।"

হেমানা ওকই," বাজীনা অদুম হায়দূনা লৈবীববদি মহাক নুংঙাইবরোই ।"

" শীংথাদবদি ঙম্লরোই ইবেম্মা, ইচা ইবুংঙো পুন্যগী মশক্লি।"

" উনিংখ্রেদা ইচাদো।" থাবল্লৈগী নুংশিবা হেনগৎলকপনা শোল্লকখিবনি।

হেমানা শাজৌদা হায়," বাজী,করিগুম্বা খরদং থমজরমগে ঙাইজরিবনি।"

" করিনো ইবেম্মা ?"

" লূপা চহুম য়াওজরকই,অমুজাও হায়বা অহলদুগী শেল শিংদোকখিনবা থমজরমগে।"

" মাদু য়াদে ইবেম্মা,ঙসাই ইবুংঙোদসু হায়জরল্লবনি।"

থাবল্লৈ ইখং খংবগুম লৈশিল্লকপনি," এঃ ! অদুক য়াম্বা

শেলফম্বু , ঙাইখো ইবেম্মা । মুল্লুরবা ষনসু লাক্নে । হৌজিকপু মখোয়না শেল থৌরখিগদ্রা ?"

হেমা তকশিনবা লেপ্পে," বাজী থমজরমগে, নচা নুপানা পেল্লরোই।"

" শাওগনু হায়য়ু । উপায় লৈরক্ত্রবা, চিরবা মতমদা ইপা চেল্লক্কনি ।"

হেমা নুংঙাইতনা মখৃৎনা পায়বা শেল য়েংদুনা লৈরে। মহাক পুক্লিং খর শোন্থরপ হায়," ইম্ফাল্লোমদা পূল্লপ হোঙ্গৎপগী ৱাফমদু বাজীখোয়না অমুক্তং খন্নবীয়ু।"

" ইচাশিংনা নুংশিবীবদা ঐ মপোক অমা ফংলবগুম্লে। অদুবু ইবেম্মা ইপাগী ৱাদি ,খর লাপ্তুক লৈনরগা নুংশিনবগী থৌরীনা শম্নবদু পামজৈ। ঐখোয় থবক শুবা ঙমদ্রবা চহী মতাংমক্তি ওইদ্রিদো।" হেমা মনিং ইথুং থুংদ্রবগুম হারৌ হারৌ য়েংলকপদা শাজৌনা থেমজিন্নবা হোৎনৈ, " হোয়,ফরে ফরে, নুমিৎ মঙা তরানি লৈররগে,চাংয়েংনিকো। হৈনগদবা মাল্লগনা হেক হোঙ্গৎলসি।"

ৱা লোইশিন্নরবগুম মখোয় মরি য়েংনদুনা নোকই । হেমাদা অনৌবা ৱাখল অমনা য়ৈরে।

" তমুবী, নঙোন্দা লৃপা চামা থন্নমগে, লেশ্বীগী মফি মরোল খর লৈনবনি। নঙ মাবু পুরগা ঐখোয়গীদা লাকউ ।"

" য়াম্মন্দ্রনে ইচে? লাকপবুদি শোয়জরোই ।"

" য়ামদবনি, অপাম্বা হংলগা লৈয়ু, সে লৌশিল্লো ।"

হেমাবু থাবল্লৈনা গাড়ী থাফম য়ৌনা থিন্দোক্লম্মী। লশ্বীদা মখোয় মমা-মচাগী নুংশিনবা ৱারী কয়া শানৈ, পিরাংনা থূম্নবা মমিৎশিংদু লোৎনবদি হোৎনরি, নুংগী মরোলসু থুপ্লরি।

লেশ্বী হেমানা ঙাঙলম্বা থৌজান ৱাহৈশিং পুক্লিংদা থাগৎলি। মহাক ইমুং অসিদা অহানবদদি খর কোইতক থোক্লম্বনি, হৌজিক্তি পৃম্নমক্তু কোকখ্রে। লৈকাইগী মীশিংগা চুশিন্নবদসু মতম কুইনা চঙখিদে,খ্বায়গী চানবীবা অমসুং নুংশিবীবনা লৈখিদ্রবা মমা-মপাবু কাউহনখিবতা নত্তনা মহাক নে তাবা পুন্সি অমদা থুংলরে।

তমুবীনা লেশ্বীবু পুদুনা মরক মরক্তা হেমাগীদা চৎলি। নন্দনা য়াম্না লুনা তৌবীবগী মতিক লেশ্বীনসু মহাকপু কিনা লুনা চৎচৈ। হেমোনা মনাওনুপী লেশ্বীগীদমক সনা লুপা থোনবা লেপ্তে, মদুদা চৎখিবা অচৌবা শেলফম অমগীদমক নন্দ পাম্মুবা লৈখিদে। লৈতেংনা পাংশিল্লবী লেশ্বী মপা লৈতনা লেমজবী লৈশাবী ওইরে। অওনবা পুন্সিদা মহাক মঙগুম খল্লকপসু য়াওখি।

হৌজ অহুমলক্তা শাজৌগী চাংযেং মাযথীরে, নন্দগী য়ূমদা তরানিশুনা লৈবা খক ঙমখিদে। লৌবুক-লমহাং, চীংযা-তময়া নিংশিংলকপনা মযূমদা হল্লগে হায়রম্মী। মহাক্কী লৈত্তাদবগী অচৌবা মরম অমদি ষন পাবোৎনি। শাজৌগী মওংসি যেংলগা নন্দনা মহাক্কী অহল-লমন্না থম্বীরম্বা মাল-চাং খব কায়থোক্তুনা ককচিংদা লৌ পরী মবি লৈরে। মদু য়েংশিনবগী থবক্তা শাজৌ ঙমখৈ লৈতনা নুংঙাইজৈ। অপিকপা লৌশাল লৌবগা যেংখোমগী ইমুং অমবু লৌ উহল্লি। শাজৌবু নুংশিনা কোনখৎপিখ্রবা তোমাল অমসুং ললিতানা নন্দগী পুকচেল চাওবা থৌরাঙদা পুক্লিং থৌগৎপীখি। নন্দনা শাজৌগী য়ূমদা অচৌবা কা অমা শাদোক্লম্মী। মদুদা হেমা মখোয় অনীগী ফমুং তরু তরু থাদুনা থম্লম্মী। মরক মরক্তা য়ারেক্লবা নন্দদা লাযেংবা লাকপা মীশিংনা পৈবখি। মবম অদুনা নন্দ চযোল অমগী মনুংদা নুমিৎ নীনির্দি মফমদুদা লৈতবা য়াশিল্লক্রে। খ্বায়না মহাকপু শাজৌগী মচা ডাক্তর হাযবগা খঙনবে। শাজৌগী মচা ডাক্তরগী হৈশিংবা অমদি মীয়োক মীচানবু থাগৎনবা মীশিং অসুম অসুম যামখৎলকখি।

নন্দ অমসুং হেমানা ইম্ফালদা লৈখিবা নুমিৎ অমদা তমুবী অঙাং পুদুনা মপামদা কোযবক্লম্মী। মাহিংনা কুপখ্রবা তমুবীগী মাযথোং য়েংলগা লেশ্বী য়াম্না নুংঙাইজদে ; মখোয় অনীতা ফম্বা মতমদা ব্বারী হৌদোরকই।

" ইচে, হৌজিক ইতৈগা ব্বা অমত্তা ঙাঙনদব্রা?"

" ঙাঙনদে,ঐনা য়ানিংদবনি। মহাক্কী অতোশ্বীদুগা অদুম লৈমিন্নজরসনু।"

" অতোশ্বীদু হনখ্রবদি ইচে-অমুক ইতৈগা পুনশিন্নবদা কায়দে, অসিনিনে?"

" ইবেম্মা পূরা কায়নখ্রবা মক্তি নত্তেদনা, চহী কয়া লাপথোক্ল

রুরবসু হাঞ্জন্নবা কোঙ্গায়নি।"

" মন্ত্রীগী নুপী হায়দুনা ইচেবু ময়াম্নদি ইকাই খুম্নরি, অদুবু ইচেগী মফমদদি অৱাৎপগী অৱাৎপা ঙাক্তা ; সনা লূপা, ফজবা লৈতেং।"

" মখোয়দু থোইনবু খল্লুদেদা ইচেদি, হৱাও হৱাও হিংবা পুন্সিদু অমুক হল্লক্লরোইদ্রা অসিনি।"

" হৌজিক্কী মতমসিদা লৈতেংগা চানবগা খল মান্ননা লৌনরে। লৈতেং য়াওদ্রবী নুপী অৱাৎপা লৈরবনি খঙনৈ। অৱাৎপা লৈফম থোক্তবা মন্ত্রীগী নুপীনা মওং অসিদা লৈবদি মপুরোইবনা থওইদে হায়বা তাক্লদ্রবসু খঙনরবনি। ইতৈনা ইচেবু য়াম্মা থওইবীদবা মানবসি ঐ য়েংবদা নুংঙাইজদে।"

" লেম্বী, নঙনা নচেবু নুংশিবদগী করি করিনো পূমঙাঙদা ঙাঙলে।"

" তশেংবনি ইচে,ঐ য়ানিংদে, ইচেগী চহী মতাংদা লৈতেং থাদোক্কদবা নত্তে।"

" লৈসু লৈতনা কদাইদগী য়ানগনি, চিনগনি ?"

" মপান্থোংগী লৈতেংদু ইচেদা ঙসি ঐ পীজগে,অদুগা যুমগী মৌ অমা ওইবগী লেমজবা লৈতেংদি ইচেগী কোক্তা লৈরবনি, খন্থবীয়ু।"

" নঙনা হায়রিবশিংদু ভাব তারে,অদুবু নতৈসি মীনুংশিগা থাপ্নবা মীনি ।"

" ইচেগা লাইবক তিন্নরুববনি, চেনবদা য়াবিব্রদো ?"

" নঙনা হায়বগুম্নদনা," তমুবী মমায় ঙাংলপ য়েংলকই । " হয়েংবু ঐ লুহোংবগী বার্তন অমা লৈবনি,লোম্লিবা মতাসিদা মপানবু থোক্লিংদ্রবনিদা ।"

" মন্থবা য়ারোই ইচে, ঐগীসি সিরু ।"

লেম্বীনা মঙক্তগী লীক মরী লৌথোকপদা তমুবী ইখংখংনা য়েংলম্মী।

" করিগীনো অঙাং, লৌথোক্কনু ঐ সিরোই, নঙ ঙাওরব্রা?"

" কনানো ঙাওরিবা, সিজিল্লু সে ।"

" ঐ সিরোই ইবেম্মা।" তমুবীগী মিৎ অনী ঈরা চেল্লি," নঙবু চৈবীগনি।"

" কনানা ? ইচে সনা সিহৈদব্রা ?"

" ঐগী মরীদগী ইমা-ইপা নরক্তা কৃম্লুববনি।"

" অদুম্না হায়গনু ইচে, অদুবু ইচেনরা। ইতৈনা তৌখিবা থবকশিংদু বাজীনা তম্বদগী ঐ লোইনমক তারবনি। ঙস্মি হায়দুনা হেক্তা লাক্লবসি য়াফম থোক্তবনি।"

লেম্বীনা তমুবীগী ঙকশমদা নমদুনা লীক শিজিল্লি, খুদোপ অমসুং নাইন পী। তমুবী ইথক থক্কৎনা য়েংদুনা লৈবে।

নুমিৎ চাইথখ্রবদা লেম্বীনা তমুবীবু থোঙ্গাল ফাওবা থিন্দোক্লুই। লাপুক ইঙ্খোল শুদুনা লৈবা মমা-মপাদা তমুবী চৎলগে তাক্লম্মী, ইকাইবনা মকোক-মর্কদি ফিনা কুপ্লি।

লেম্বীনা ঙাইহাক মচে চৎখিবা য়েংদুনা থোঙ্গান্দা লেপ্লিঙৈদা খা-ব্রাংদগী পাখং খব হোৎচিন্নবকই, মহাকপু কৌহৌবা নংনবনি। মযামদু থোইনা খৌশাকদনা লেম্বী ময়ূমদা থুনা চঙলকখি। পাখংশিংগী ইরাংদু উবদা থাবল্লে পাখংচৈ, নুংদদি নোক্লি। মখোযগী লৌ শাল্লিবা য়েংখোমগী মচিন-মনাও তবেৎনা পল শানা ঙাকখিবনা পাখং অমত্তনা লম হেঙ্গিল্লকপা ঙমদবনি অমাদি লেম্বীনা মনিং তমজবি খল্লুরগা থাবল্লে হরাওজে।

শঙ্গোযদা লেম্বীনা ফৌ শুরিঙৈদা মমা চঙলকই, মচাগী মঙক-মনাদা ইঙকঙক্লা মুন্না য়েংঙি।

" ইবেম্মা, লীক্লা লৈগদি ?"

" ইচেবু সিহনখ্রে।"

" করিগী ?"

" হয়েং লুহোংবা চৎলুগদবা লৈ হায়, ইবোম লোম্বদু নুংঙাইজদবা।"

" করিগীনো মানা পুখ্রিবসি ?"

" ঐনা পীখিবনি ইমা।"

" নঙদি করিগী ?"

" ইচে সনা সিনিংবা মতম্নি।"

" ব্রাথী তাননিকো।" থাবল্লে কয়া য়ানিংদে, অদুবু মখাদি

তারকখিদ্রে।

নোংমা থাবল্লেনা কৈথেল ঙন্তা কুম্লক্কুনা মাঙ্গোন্দা ইমুংগী মী অহুম কৈথেল ঙমোক চারিবৈঙেদা তমুবী নোকমি নোকমি চঙলকই। ফল্লম্বা অহুমগী মিৎতা ঙসি তমুবী মন্ত্রীগী নুপী ওইনা উই, লেমজনা থোকই। থাবল্লেনা কৌশিল্লি।

" নঙদি করিগীনো অসুক থেংনা ?" তমুবী পাউ অমা পুরক্লি খঙদুনা থাবল্লেনা হংবনি।

" নুংথিন্দসু লাকপা ঙমদ্রবা, মবাঙ মরাঙ তৌনরিবৈঙেদা। পাউসিদি বাজীখোয় তারম্লগদবা মান্দবনা তম্লিংমনখ্রদুনা চেল্লকপনি।"

" শাজৌসু খঙনিংলক্লে," কবি পাউনোনে?"

তমুবী নমদগী অঙাং থানা থানা মোবাদা ফমথবগা হায়, " মখোয বাবাখোয় লাকখ্রে।"

" কদাইদা?" শাজৌনা হংঙি।

" য়ুমদা।"

" ইম্ফালদদি কৈদৌরে হায?"

" মখোয়গী সবকার কায়রে, বঙ্গলোদা লৈবা য়াদ্রে,কার জীপ লোইনমক মুনখ্রে, পোৎ-চৈ পুম্নমক হোন্থরক্লবনি।"

" মন্ত্রী ওইবা তোক্লবনিনে?"

" তোক্লে, সভাসু দিল্লীনা উথাইখ্রে। নৌনা ইলেক্সন অমুক তৌনরগদবনি হায়।"

" পুং পুংজাও নাপঙজাও
দোলাই নিংথৌ তল চাদনা
তরখোংচাক ওন্থোক ওনশিল
খোক খাক।" শাজৌ হৌনা নোক্লেম্মী।

" করিনো?" করেম্নবা মতৌদুদা থাবল্লে নুংঙাইজদে।

" অহলশিংনা হায়নরম্বনি চুম্মিদা,লাইহাক্তক্তগী অঙাংশিংনা শান্নরকপা অমসু লৈরি।" শাজৌ তশেংনা করেম্নবনি।

" সে সে সেবোতি
নঙগা ঐগা কাওনসি

কনানা ঙম্বনো য়েংসি ।"

তমুবী হরাওনা পুজরকপা পাউ শীংথাবীদবগুম উবদা মমাদা য়েংদুনা লৈ । শাজৌ মঙোন্দা ওনশিল্লকখি ।

" করিগীনো সভা মুথৎখ্রিবদি ?"

" ফম মুন্নবগীনি হায়, নাকপাক তান্নবদা মশীং চপ মান্নরে । ইলেক্সন অমুক য়াম্না থুনা পাঙথোক্লগনি হায়নরি ।"

" ফৈ, ইলেক্সনগী হোৎনবদা লৈবাক্কী শেঙ্গাওদি কংলে। নিংথেমদি কৈদৌঙৈ লাক্লিবা?"

" ঙরাং নুমিদাংৱাইবম লাকপনি।"

" মাগী অতোম্বীদুদি?"

" কায়নখ্রে, সবকার তুবগী ইবাং লাকপগা মখোয় অনীসু ফাক তানরে ।"

" নুপীদু মহুম ফারম্লগনি।"

" খঙদে, অমদি কোক্লগা হল্লক্লে।"

" কবিগী ? মীযাম্নদি নিংথেম মন্ত্রীনা পেকপদা লৈবাকসি কুৎলে ঙাঙনবি ।"

" কদাইদৈনোদা, হান্না খব কান্নজরম্বা জাৎনি, তুংদদি মুখ্য মন্ত্রীগী সহি য়াওদনা মহাক্কী ফাইল থবক চৎথবা যাবোই হায়না হুকুম থোকখিবদগী করিমত্তা তৌবা ঙমখিদ্রবনি।"

" হৌজিকপু অমুকসু ভোট লেপখিগনি হাযবিব্রা ?"

" হোয়, অদুগীনি ঙসি ইম্ফাল চৎখ্রিবা। কংগ্রেস পার্টি তিকেৎ মুন্নরি, মী মরিনা।"

" শেলদি অদুদগী অদুম চৎপা হৌববনি।"

" খঙদ্রে বাজী, শেল পুথোক্লবা লৈত্রে হায়। তাল্লুবা শেল মথৈ ঠিকাগী থবক্তা লোইনবা নমশিন্দোকখ্রে। হৌজিক মখোয়গী সরকার তুরবনিনা বিল পাক ফংলরোই হায়বা মশানা খঙজৈ। তাঞ্জাসিদা থবক-ইম্ফাংগী লৌশিল্লুবা শেল হল্লু হায়না লাকপনা মরোল অমা ।"

" মরক্তুদা নঙনা করি হায়রিবা?"

" ঐদি করি হায়রুনি, হুন্দোক্লবদি যাদবনিনা।"

" অঙাওবী, অদু নত্তেনে, ঐখোয়গী শেলগী মতাংদুবুনি।"

" অশিবা মমিৎতা হাপখ্রবা শেল অদুদা নিংশিংনরুরগা করিবু কান্নগনি।"

" ফৈ ফৈ," শাজৌ শাওরপ হৌগৎলি," ঐখোয়সু মদুগী মরমদা কাউখ্রে।"

তমুবী ইকাইবনা কনাবুসু য়েংবা ঙমদে। থাবল্লেনা কনবীনবা হোৎনরকই , " মাগী নুপী অঙাংগী ফৈরেংনবদুদি তৌররোই হায়ব্রা?"

" পারা ফনা য়াম্না ফারস্ফম থোকই।"

" চুম্নবু চৎলবদি ফৈ,অদুবু কৈনা ময়াদি থাদবনি।"

লাকপদা লোয়নরকপা তমুবীগী হবাওবা ময়েং যাম্না তাখ্রে। ফিভমদু উবদা লেম্বী মহাক্কী মীচংদা চোংশিল্লকখি," চাইখাইরুরবা ইচেগী পুন্সিনি, হৌজিক খোমজিল্লকপা মতৌ উবদা নুংঙাইজে।"

তমুবীদা থৌনা খর লাকখ্রে, " বাজীদা লঙজখিবা মবাল মযাম অদুগীদমক মহাক হৌজিক অনুতাপ য়াম্না তৌরে, নোংমা ঙাকপীযু হায়জবা শোয়দনা লাক্কনি।"

" ওক্লে ওক্লে ইবেম্মা, নপা থম্মোয় অদুক হাক্লা কনবা মী নত্তে, ঐনা নঙগীদমক খল্লগা চীন-য়া চিক্তুনা খাঙখিবা ঈশ্বরনা উবীবনা ঐখোযবু কনবীরে; লাইগী পুকচেল চেনবা ইচা ইমৌ পীবীরে। মকুবোক্লা জেল চঙবদা হরাওনা য়ু থকপা ঙস্বা মহাকপু ঐখোয়না কবম্না থাগৎলোই । মাগী লোনচৎ অমদি থবক্তা প্রজানা কন্না শীংথানরিবনি, ভোট কাখিগনি।"

তমুবী হৌগৎতুনা তপ্না অঙাং পোখৎলি, চৎনবা থৌরাংদনি ; মমায়দি পূমঙাং ঙাংখ্রে।

" ইবেম্মা ইচে চৎলগে, নহালগীসিদি ?"

" ইস ! " লেম্বী নোকই,"অদুম সিখো কৈদৌগে, মদুদা অচুম্বগী মশেক অমা ফাওরক্লবগুম তৌই।"

সনাগী ব্রাফম্নি খঙলকপদা থাবল্লেনা হায়খি, " মন্ত্রীগী নুপী সনানা য়োম্লে, ঙাল্লে ঙাল্লে ঙাঙনরিবা লোইরবনি হন্দক মরকসি,মপুনা অমগী।"

তমুবী মপামদগী মায়থোং লূক্লা থোকখি ।

থাখাই অমা ফাখ্রে তমুবীনা মপামদা লাকখিদবা । মমা-মপা অনীসু ব্রাশকখিবা নৎত্রবসু নিংথেমগী যূমদদি চঙনিংদ্রি । মতমগী ব্রারীনফম ওইরবা ইলেক্সনগী মতাংদা মখোয় করিসু থৌশাদে । শাজৌনা কনা অমত্তা হংলুদ্রবসু নিংথেম্মা কংগ্রেস তিকেৎ ফংখ্রে হায়বগী পাউ মঙোন্দা তম্লরৈ। মচি মচিদা নহা-অহল খাক্তনা ঙাঙনবা তায় — ' নিংথেম মন্ত্রী ওইরম্বনি, শেলয়াম চাইখাইরক্কদৌরি। মাগী শেল তপতানা চাথোকসি, মপাঙ্গলনা হুমাং তানা তানখিবা শেল নত্তে, প্রজাদগী ঠোক তৌদুনা মৎখিবা, লৈবাক্কী শেঙ্গাওদগী চুপখিবা শেলনি, লৌথোক চাথোকপদা দোষ অমত্তা লৈররোই । তাঙ্গা অসিদা চাথোকহৌদ্রবদি করম্বা মতমদা শিক্তোকনি । অদুগা ভোটতি মীয়ামগীদমক খনগদবা মীশক্তা পীসি।' অমনা অমুক হায -- ' হেরা, ভোটকী মীদবু প্রজাগী য়াইফনবা খনবা লাইরবশিংগী মীচং লেপ্পা হাযবা লৈরিব্রা ? ঙাঙথোরকপদনা কম্যুনিষ্টকী, তৌথোরকপনা নিংথৌ মচাগী, লৌমী শিন্মীশিংগী অব্রাবা উবীবা মেম্বর কনা থেংনখ্রবগে ? মখোয়না ময়ামগী সেবা তৌহনবীয়ু হায়রিবসিগী মহুৎতা নিংথৌগুম অমুক্তং চাউহনবীয়ু, নুঙাইনা লৈহনবীয়ু হায়বনা ফবনি।'

শাজৌগী মায়ওন য়েংলগা ভোট থাদনিংবা মীশিংনা মহাক্কী যূমদা ঙাইহাক কাংদনা তান্নবা লাকখি । অদুবু মহাক্তি অপাম্বা য়াওদবগুম তুমিন লৈবম্মী। নুমিদাংব্রাই অমা ইথা থাজদনা নিংথেম শাজৌগী যূমদা লাকই । শুমাঙ মচিদা লেপ্লম্মা শাজৌ নান্থোকপা নংহৌদ্রে, নিংথেম্মা খুরুম্বনা হাল্লি, " ইকুবোক, নচানা লানখিবা ঙাক্তনি .নচাবু ঙাকপীয়ু ।"

শাজৌ করিমত্তা ঙাঙদে। ইমুংদগী থোরকপী থাবল্লেদি হায়নিংবনা হেনখিবনা মঙোন্দা নিংথেম্মা খুরুল্লি হায়বা উখিদে।

" লুট তৌবা, মীঙোন্দগী নম-হাদুনা লাকপা মুনবা অমসুং হুরানবদি লাল্লি হায়নৈ, অশিংবনা অপঙবদগী থেমদুনা লৌবদি লান্দবনি। ইয়াগী হৈ-শিংবদি লৈবাক্কী মপী-মপা ওইবদা চপহেক চাবনি, অথোইবা মীশক্লি । নখোয়গুম্বনা ঙাকপা লৈবাক্লা ঈংনা-তপ্লা পান্দ্রবদি মালেমগী করম্বা মফমদা চাউখৎপা শান্তি হায়বদু খঙনগনি ? হোৎনৌ হোৎনৌ মীরক তিনবা ঙম্মবা।"

শাজৌ লূমতক য়াওরকই," অব্রা-অনা তারবা মীশিংনা কনাবু

নিংশিংনৈ, কনাগী তেংবাং থি ; ইচা অমা লৈখিদ্রবসু ইমাক অমা লৈরি খল্লুবনি। শক্তিবু লাইনিং ওইবা মীনা অথা-অথী য়েংবা হৌনদে, অশেংবা লম্বী উদে। নঙনা ঙসি লাক্লিবা লম্বীসি শোয়রমগনি নিংথেম।"

" ইকুবোক ঐবু ঙাকপীয়ু।" নিংথেম মঙক্তা য়ানবা ফিগী মচিনা মপি তৈথোকই।

নিংথেমগী অকংবা মিৎ অনীবু কন্না নোইবা য়েংলম্বী লেম্বীনা মোরা অমা থারৈ, " ইতৈ, সোমদা লেঙশিনবীয়ু।"

তমুবীগী নুপা নিংথেম হায়বদু ওইরমগনি খন্না লেম্বী নোল্লুকখি, মমাঙদা মশক উখিবদি লৈত্রি, অদুবু মাগী মরমদা মমা-মপানা ব্রারী তৌবদগী মনমদি তাখ্রবনি।

" য়ারে য়ারে ইবেম্মা।" নিংথেম লৈশাবীগী খোঞ্জেল ফারগা হায়রকই, মশক্তি খঙদে।

" ইচেবু করি তৌখ্রবনো, লাকখিদবা কুইরে।"

" ইবেম্মা ভোট ময়ানিদো, মহাক্কী থবকসি চিনবদা মহানি। মথক্তা পূল্লপ নল্লিবা।"

" ইতৈগী ফিভমদি ফবীরমগনি খল্লি।"

" হোয়, অহল-লমনশিংনা খর পাংবীরবদি শোয়দনা কাগনি "

" ঐখোয় পূম্নমক কন্না হোৎনজগনি, কাদবা য়াদে।"

" নুপী মচা, " শাজৌনা শুমাঙ মতোন্দগী লাউরকখি, " শম্বল থুদেক্তুনা ষন অমা চঙলক্লে। চেল্লু, তান্থোকখো লাপ্পা, মতুং লমদম্নগদৌরি। থোঙ্গাল কোন্থোঙ চেৎনা লোনশিল্লম্মু।"

" ইতৈ ফম্বীরমখো।" লেম্বী থোঙ্গাল্লোমদা থোকই।

মপূং-মরৈ ফারবী লৈশাবীদা মুন্না য়েংলগা নিংথেমসু তপ্লপ হৌগৎলম্মী। মহাক্না থোকখিবা থোঙ্গাল্লোমদা লেম্বীনা ষন অমত্তা উখিদে।

# ২৯

মীখল নুমিৎ নকশিল্লক্লবদা মীচং খোম্লবগী অকনবা থাক য়ৌরে। মতম কয়া কাউরুরবা মরী-মতা, মরুপ-মপাং পূম্নমক হৌজিক নিংথেম্না নিংশিংলক্তবা লৈত্রে। উনবা মী খুদিংমক্কী মওং মতা য়েংনা মহাক খূৎ লোম্নে, কোক নোল্লি, খুরুম্মি। মহাক্কী য়ূম অহিং-নুংথিল অনীমক্তা মীনা থল্লি। অদুবু লাকখিবা মী পূম্নমক মঙোন্দা শেল পীয়ু হায়রদবদি য়াওদে । নিংথেম মকোক ঙাওরে, মখূৎতা শেল অমত্তা লৈরক্রবনি।

হন্দকমরক্তি নিংথেমদগী শেল লৌবা লাকপা কাঙবু কাঙবু মনীং থুংখিদবনা নুমিদাংৱাইরমদদি উখিদ্রে। অতোপ্পা মীরেপকীদা চঙনখ্রে হায়নরকই । মহাক্কী অশেংবা মীনি হায়না খঞ্জরুবা কয়ানা শক লোৎখ্রবদা নিংথেম পুক্লিং ৱায়, পোত্থাফম খঙলক্তে । বেঙ্ক একাউন্ততা লূপা লীশীং অমদগী হেন্না লৈত্রে, মদু মহাক্না ভোট নুমিৎকীদমক থাকলি। মহাক শেল পূবা কোইচেল চেল্লি, অমত্তা ফংদবনা মৈশা লাংনা ময়ূমদা হল্লকই। মহাক্কী মীশিংনা শাওনৈ, শেল পুথোক্লিংদবদগী অমদি মখোয়দা পীনিংদবদগী লৈতে হায়শিন্নরিবনি লৌই।

নিংথেম শেল থোকফম অসুম ৱাখল তৌদুনা মহাক্কী কাদা ফল্লিঁঙৈদা করিগুম্বা অমা নিংশিংলকপগুম তমুবীবু কৌশিল্লি ।

“ তমুবী, লুরবা তানফম লাক্লে । নঙ নত্তনা উপায় লৈরোইদৌরি।

“ কৈদৌরবগে?” তমুবী স্বর শাংনা হোন্দুনা ফমথরকই ।

“ খোঙয়া নকশিল্লক্লবা মতমসিদা ঐ শেল লোইখ্রে । ঠিকাগী বিল

অমত্তা য়াদ্রে, হৌজিক করি তৌসিগে।"

" ঐনদি করি ঙমগনি ?"

" ঙসি নোংমা নীনিসিখক্তং পৎ তৎতনবা খন্নসি । মদু তৌহৌদবদা ঐগীনি লৈজরম্বা মীশিংসি অমা চৎখি,অনী চৎখি, উশিল্লক্লরোই ; ময়েং য়াম্না তাশিল্লক্লে। মরকসিদা পার্টি অমদি মরুপ-মপাং খরদগী শেল ফংগদবা লৈ । মদু লাক্লগা মথং চলাইসি । তমুবী মায়দি পাক্তবা য়াদ্রবনি । নৎত্রবদি লোংসি শিরে ।

" অদুবু হৌজিক অথুবগী ওইনা তৌগদবসি করিনো ?"

" তমুবী ঐ কাউদে, ঐগী পুন্সিনা কাখৎলকখিবা নঙগী নপান্দগীনিন।" তমুবীগী মখৃৎ পায়দুনা মনাক নক্লা চিংশিল্লগা নিংথেম য়াওগুম তেনা হায়, " ঐগী কাবা-কৃম্বদা নঙগী শরুক য়াওরিবনি ।"

নিংথেমগী অৱাবদা তমুবী য়েংঙমদবগুম শয়েঙ খব তিংগে খল্লকই, " ঐ তুমিন্না লৈজরোই,পৃফম-হংফম খল্লম্লিবনি ।"

"মদুসু য়েংঙু অদুগা ঐনা হায়নিংলিবদি খুদক্কী ওইবা অমা হান্না পাঙথোকখিসি অসিনি ।"

" করিনো য়েংগদবা ?"

" নঙগী সনাসি কয়াগীনো ?" নিংথেমগী মিৎ তমুবীগী ঙকশমদা থম্মি।

সনা পল্লকপদা তমুবী মমিৎ-মনা চপ য়ুংঙি, মায়থোং লাংশিল্লি।

" খঙদে।" তমুবী হৈনিংবা মাঙখ্রে।

"করিগী ? ঐনা হংলিবসি অতোপ্পগী নত্তে।" নিংথেমগী মিৎ লংবা হেনগৎলক্লি।

" ঐ তশেংনা খঙদবনি । সনাসি ঐগী নত্তে, ইনাওনুপীগীনি।"

" কনা ননাওনুপী?"

" ঐগী ইনাওনুপী অমা লৈ হায়জখিবদু কাউবীখ্রবোইরে ?"

" কনানোনে ? তমুবী, কাল চাদনা ফাগী অমুক তৌরনুসে।"

" নহাল ঐখোয় য়ূমদা চৎপীরুবদা থেংনবীরক্তব্রা?"

" ইহে ! " নিংথেম খংনিং নিংশিংলকপগুম হায়," লৈশাবী অচৌবা অমা লৈহৌবদুরা? ঐদি মরী-মতা অঙাং নোংফাদোক

কোয়রক্লিবোই খল্লুবনি । অদুবু কনানো ?”

“ ঐগী ইনাও নুপীনি হায়জরে ।”

“ তমুবী ঐ মাথা শারিবনি, ফাগি মতম চাদে ।” নিংথেমগী খোল ৱাংখি।

তমুবী অশেংবা খঙহন্নবা হোৎনরকই,“ বাজীনা অঙাং ওইরিঙৈদগী চেৎনা মরুপ শান্নরকপা লাপ্পবা চীংনুংগী খুল অমদা লৈবা খোংজাই ইপাগী মচা নুপীনি। মমা-মপা অনীমক লৈখিদ্রবদা মহাক ইমা-বাজীনা মচা শক্লা য়োক্লে । মদুগী মরীদগী মহাকসি ইনাওনি হায়জবনি ।”

নিংথেম ঙাইহাক ৱাখল তৌরগা ৱারেপ অমা লৌখিবগুম হায়রকখি,“ ননাওনুপী ওইরবদি নঙগীগুম্বনি, অমনা ঐনা পোৎতু হেক্তা মাঙহনগদবা নত্তে, নুমিৎ মরি মঙানি বন্ধক থম্লবগী ৱানি, হযেং পার্টিদগী শেল লাকপগা হন্দোক্লগা পীখিসি।”

“ মদু য়ারোই পোৎসি শোকফম থোক্তে।”

“ ঙাইখো তমুবী, মাদি কদাইদগীনো অসুক য়াম্বা সনাসি? ঐগী ৱাখন্দা সনাসি নঙগী ওইফম থোকই । ঐঙোন্দা পীনিংদবদগী অঙাংদুগীনি হায়জিনবা মাল্লি। ইকুবোক্লা খোংজাই অঙাংদুদা অসুক য়াম্বা সনা থোন্নবা শেল লৈরম্লবদি অমুজাওগী ৱাথোক লৈরমগনি থাজদে।”

“ বাজীনা থোনবা নত্তে।”

“ অদুদি নঙনা তাবে।”

“ঐবু অদুক যাম্না থাজবীদ্রে ?” তমুবী খাঙঙমদনা য়েংঙি, “ হেমানা থোনবীবনি।”

“ হেমাগা করি মরী থোক্লদুনা,” নিংথেম ফিংগৎলকই , “ তমুবী, থানা লৈচিল মনুংদা চৎপগী শাজৎ নঙ হৈনরে। মীনা ঙাঙনবা চুম্লম্লেদনা।”

“ ঐগী মরমদা কনানা করি ঙাঙনরিবা ?” তমুবীগী স্বর লেপখ্রে।

“ মন্ত্রীগী নুপীনি হায়বগী খুদোং চাবা লৌদুনা নঙ ৱানোম শেল য়াম্না লৌরগা নপামদা থৈদুনা থম্মি।”

অঙকপা অমদি শাওনিংবনা লুতোন থূম্লবী তমুবী নোক্লুনা খাঙঙি, নিংথেমগী মশক উদনা মুন্না য়েংঙি, “ হোয় হোয়, য়াম্না থৈখিবনি ।”

“ ঐ কাউবু কাউরুরে ; নোংমা ৱাবগাইদগী নঙগী মরী-মতাশিংনি

হায়বা কাণ্ডবু অমনা ইবেম্মা তমুবীদা শিন্নরম্লগে হায়রম্লগা চৎখি। কনা কনানো ফনা  য়ামখিবনি অদুম্মা হায়রমখিবা। কয়াদা ফরবনো, নুপী হৈ-শিংবগী কান্নবসি অসিনি। চিরবা মতমসিদা শিজিন্নবা তারেদনা, লৌথোক্লো, হৌজিকমক য়োল্লুনবা তৌসি।"

তমুবী অশাওবা ফাবা হোৎনরবসু খোলদি ব্রাংঙি," মীগী সনাবু হেক য়োম্থোকপা য়াব্রনে?"

" য়োনগদবসি মীগী নত্তে,নঙগীনি ।"

তমুবী খাঙঙম্লক্ত্রবগুম মপান থোকখিনবা লৈথোরকপদা নিংথেম্মা মখূৎ ফাই, ব্রাংনা থাঙ্গৎলবা খূবাক উৎলগা তুমহল্লগে মতাগুম য়েংলম্মী।

" ইজ্জৎ খঙদবী, খুনুংগী নুপী, সে লৌথোকউ, সনাগা ঐগা কনানা লুই ?" নিংথেম খেকথরকখি।

তমুবী মঙক্কী মরী মখূৎনা চেৎনা পায়শিল্লগা কপ্লকই, " অসি লেম্বীগীনি, মহাক্কীনি হায়বদা করিগী থাজবীদ্রিবনো ? হেমাগী শেল পূম্ন মক মঙোন্দা শিন্নরিবনি । হেমা লাখপতিনি ।"

সনা মরী শোক্লুরবা নিংথেমগী খূৎ খংহন হন্দোকই, মহাক খঙনিংবা অমদা ওনখিবগুম তপথরকখি, " হেমাগা খোংজাই লৈশাবীগা করি মরী  থোক্লদুনা মাগী শেল শিন্নগদৌরিবা?"

" হেমা অমসুং মপুরোইবা ডাঃ নন্দ বাজী ইমাজী মচা মমৌ ওইখ্রবনি। লেম্বী মখোয় অনীনা লুনা থমজবী অঙাংনি, মখোয়গী শেল-থুম অয়াম্বা মঙোন্দা শিন্নবনি।"

তমুবীগী অশেংবা ব্রারী তারগা নিংথেম মমিৎ মনা য়াম্না শিংগৎখ্রে, নোকফেৎ তৌনা  তপথৈ।

" অঙাংদু অসিদা অমুক্তং কৌসিদনা ।"

" করিগী ?"

" ঐ মঙোন্দা, হায়জগে। মানসু য়ারক্কনি খল্লি।"

" করম্বা মতমদা ?"

" হৌজিকমক্লি ।"

উপায় লৈত্রবী তমুবী মপামদা চেল্লকই। লম্বীদা তহা তহা চৎলবসু

মমানা ঙাঙখিবা ব্রা নিংশিংলি। মদুমক্তনা মহাক মপামদা চৎকদবা ইকাইদুনা লৈরকখ্রিবনি। মহাক লেশ্বীবু পুরক্লবা ব্রাফম কয়া শেম শাদুনা লাকই, মপুরোইববু মায় পাকহন্নিংবগী লাঙতক্লবা কয়াসু লোয়নদবা নত্তে।

তমুবীনা চঙলকপদা শাজৌ অমসুং থাবল্লে মাঙ্গোন্দা ফম্লম্মী। মহাক্কী মায়থোংদা ঈংথবা য়াওরক্তে,মমা-মপা অনীদসু কিবগুম য়েংলি।

" বাজী ঐ লাকচরি।" তমুবীগী খোঞ্জেল নিকই।

শাজৌ মচানুপীগী মতৌদা হায়খি," ইবেম্মা লেশ্বী, নচেসি ব্রানা উরেদা।"

ইমুংদগী থোরকপী লেশ্বীসু খঙলম্লে," কৈদৌরবগে ইচে, ইলেক্সনগী পোৎলুম্নরা?"

" শিরেদা ইবেম্মা, ভোটকা হায়বসি তৌহৈবা জাৎ নত্তে।"

" মন্ত্রীগী মহাওদি লৈবনিদো।"

" ঙাইখো অঙাং,অদু-অদা।" তমুবী লামলকখি, নোঞ্জবা খোঞ্জেল দা হায় " বাজী,ঐনা লাকচরিবসি মরম অমগীনি।"

" করিগীনো ?" নাকন্দা লেপ্লীবী থাবল্লে লূরপ খল্লম্মী।

" ইমা, অঙাংসি নুমিৎ মঙা-তরানিদং ঐখোয়গীদা লৈহন্দবা য়াদ্রে।"

" এঃ ননাওবো ?" শাজৌ অমসুং থাবল্লে খোম্থোক অমত্তদা য়ানিংদবা উৎলি।

" ইথন্তনা হোৎনবা ঙমলকত্রে ; অয়ুক নুমিদাং থোং থাকপা, শেল থুমগী অমদি অব্রাৎ-অপা চেনবদা কোক উরু উরু লৈরে। অঙাংনা খর পাংদ্রবদি ঐদি করম তৌসিগে।"

তমুবী মমা-মপাগী পাউখুম ঙাইরম্মী। শাজৌ ঙাইহাক খল্লুরগা লেশ্বীদা য়েংখি।

" নঙবু নচেগীদা লৈরুবা হৈনগদ্রনে?"

" হৈনরোইদা ময়াম মরাঙ-মরাঙ মরক্তা," থাবল্লে চৎহন্নিংদে। " মাদি অসিদসু চিঞ্জরিবনিদা।"

লেশ্বী নোক্লম্মী," ইচেনা অসুক য়াম্না ব্রারগা ঐখোয়না উশিন্নদবদি চুম্লোই।"

" লৈরুগে হায়রিবনিনে নঙগীসে ?" শাজৌ মখা তায়।

" উম, বাজী ।"

নুমিদাংৱাই নুমিৎনা ৱাতোন য়ৌরকপা মতমদা তমুবীনা লেম্বী পুদুনা লাক্লে । নিংথেম দারি মচীন্দা ঙাইঙমদবগুম লেপ্লম্মী।

" লাও লাও ইবেম্মা ,নঙ য়াওরবদা ঐসি ভোট কাদনিঙাই লৈত্রে ।"

লেম্বী নোক্লা নোক্লা মচেগা ইমুংদা চঙখি। ঙাইহাক লৈরগা মচিন মনাও ৱারী শানরিবা কাদা নিংথেম চঙলক্নুনা ফম্লরে ।

" করম তৌসিগে, ঠিকাদাব অমনা লূপা লীশীং অনী পীবগনি হায়রম্লগা য়ৌরক্রে। হৌজিক নুমিদাংৱাই মিতিং মফম অমদা লুপা চামঙা পুবগা ঐ লাক্লে হায়দোকখ্রে। ভোটকী থবক্লি, হায়নখিবদা শোইনবা, থাজবা মাঙহনবসু যাবা নত্তে। ঠিকাদাবগী ৱা নৎলমদ্রবদি বেঙ্কতগী খব লৌথোকচরমগদবনি, অদুসু তৌহৌদ্রে । কবিনো তৌগদবসি, তমুবী অমুক্তং তানসি ।"

পাউখুম পীখিদবী তমুবীদা লেম্বীনা য়েংলম্মী।

" তমুবী নঙোন্দনি, নঙগী উপায় অমত্তং থিয় ।" নিংথেমগী তকশিনবা মতৌনি।

" ঐনা ঙমগদবা কবিনো ?" তমুবী স্বর শাংনা হোল্লি। " ইশাগী মাল-চাং অমা লৈজবসু নত্তবা,সনা ফাওবা ইনাওদগী ৱাযবগা লৈরে।"

" ই, হোয়নে, সনাসি ইনাওগী ওইরে। ফবেদা উকল অমা লৈরে। অথুবগী ওইনা মদু শিজিন্নরসি, হয়েং বেঙ্কতগী শেল লৌথোক্লগা অমুক হন্দোকসি।"

তমুবী হৈনদনা লেম্বীগী পুক্লিং ফানবা হোৎনৈ, " ইবেম্মা, নতৈগীসি অথুবা উপায় থিরক্লবনি, ইকাইফমদি থোক্লিবা ।"

" পোৎতু ইচেগীনি, খল্লগা অদুম তৌবীয়ু ।"

" অদুদি নতৈদা শিন্নখ্রগে?"

" করিগীনো ইচেনা ঐঙোন্দা মখা তানা অমুক হংবীরিবদুবু?"

" অঙাং নঙগী পুকচেল চাউবদা ইতৈনা করম্না থাগৎলোই ।"

নিংথেমগী অশেম্বা মীনোক খোঞ্জেল থোকই।

সনা কায়থোক্লবগী শেল নিংথেম্মা য়াম্না লিক্না শিজিন্নে। শেল থেংলবা মীশিংদা পার্টিদগী শেল লাকত্রি, ঠিকাদারশিংনা পীরদ্রি হায়না মতম য়েথোক্লগা লাকখি। নুমিৎ মঙানিগী তুংদা নিংথেমগী মী শাম্লে। মপুক্লিং য়াম্না ৱারবসু মহাক লেম্বীগী মাঙদদি অচৌবা আশা উৎলি। লেম্বীগীদমক থোইদোক্না থক্ল-চানবদা পুক্লিং চঙখিবা মতৌনা ইমুংগী থবক ইশ্মাংদগী হৌরগা অকুবা ৱাফম ফাওবা মহাক্না তাননিংনা উই। চৎথোক্লমদাই খুদিংদা ৱা শিন্নরম্বগুম হঞ্জিলকপদসু মতৌনা মঙোন্দা পাউদমলৈ।

নোংমা তমুবীনা চাকখুমদা লৈখিবদগী নিংথেমগী হোংনবা ফি লেম্বীনা পুথোক্লই। মহাক্না লৈথোবকপদা মতৌনা হায়হৌবা তায়, "ফিসি শেংলগা চৎপদা মঙ্গল ওইগদবা মাল্লি।"

নিংথেমগী কল্লক মীহৌ যাওবা মিংয়েং অহানবা থেংনবা নুমিৎতগী লেম্বীনা খঙখ্রবনি, অদুবু হৈনদবা মওং উৎতনা মহাক ময়ামগী সেবাদা হমাং তানা নোম্লি। ভোটকী খুদোং চাবা লৌদুনা পাখং কযানা মঙোন্দা ৱাবী শাননবা হোৎনবি হায়বসু মহাক খঙদবা নত্তে, হৈশিংনা লম হেল্লক্কনবা হোৎনজে। তমুবীসু পাখংশিংগী ৱাখল উদবা নত্তে, মমিংতি ফজনা তাঙশিন্নবে, ভোটকী লোনচৎ চেল্লকখ্রবনি। অদুবু মহাক্কী চমজবা অমদি পঙজবা মতৌ উবগা লেম্বী নুংঙাইজদে, তশেংনা নুংশবীবা পোকখি। নোংমা লেম্বীনা চাক থোংলিঙৈদা নিংথেম মনাক্তা চঙলকই, হুরান মিৎয়েংগা লোয়ননা হায়বৈ," ঐগী ভোটকীদমক নঙনা লৌবিব। থৌদাং ঐ খঙঙি, মসিগীদমক ঐগী অনীংবা অমসু তুংগীদমক ফুমদুনা থম্লিবনি।"

করি অনিংবনো হংনিংদবনা লেম্বী তুমিন লৈখিবনি।

নুমিদাংৱাই অমা নিংথেমগা তমুবীগা ৱাফম অমা তানরিঙৈদা লেম্বী চঙলকই।

"ইচে, ঐবু য়ুমদা লাক্লবা নুপামচা অমা কৌবা লাক্লি।"

"করি অচিনবা লৈবগীনো?" তমুবী নুংশা থীজে।

"ইচে হেমাদু ইতৈ য়াওদনা লাকহৌই, হয়েং হনখিগদবনি, ঐগা

উননিংবা ওইরমাল্লে।"

" অদুগী ওইরে,ইচেদি করিগীনো অদুক থুনা,করম্বা অচিনবা লৈবগীনো?"

" পোৎ-চৈ লৌনগদবা অমা লৈমাল্লে।"

" এঃএঃ নিংশিংলক্লে, হয়েংসি মখোয়না হন্দক লৌবা লৌগী শেল থীরগদবা লৈ হায়বা ইমানা তল্লকখ্রে। অদু, ইবেম্মা নঙ ইচেগা উনবা চৎলবদি নুমিদাংদদি হল্লকপা ঙম্নরোইনে?"

" ঙম্নরোই, ইচেনা খাল্লগনি।"

" অদুদি য়ারোই ।" নিংথেম্মা খংথৎ থৎলি, " ঙসি য়াম্মা মরুওইবা অহল-লমন, মরুপ-মপাং খর নুমিদাংদা পূনগদবা লৈ ; নচে মথন্তা হোৎনবা ঙল্লোই ।"

মচে-মতৈগী অচিনবা য়েংলগা লেম্বী ময়ূমদা চৎখিদ্রে। লাকখিবা অহল-লমন খর চাক পীজনবা হোৎনবদা মথৌ য়াম্মা চিনখি, থবক্তু মাঙজৌননা লাওখিদবনা খর হেন্না ৱাখিবনি। চাক লোইরবা মতুং ফনা কুইনা নিংথেম্বু ময়াম্না ঙাইদুনা লৈরে।

ময়াম ফমফমদা পাখৎলপ চঙলকপা নিংথেম্মা হায়রে, "অহল-লমন,ময়াম পূম্নমক ঐবু ঙাকপীয়ু। মথং মথং মী খর উনরিঙৈদা থেঙদোকখ্রে।"

ফম্লম্বা ময়াম্না ঙাকপীবা ৱাহৈনা য়াখি," মতম তাঞ্জাননি,কায়দে, নঙনা চিল্লিবসি ঐখোয় উই ।"

নোংঙানবগা ঙরাংগী অঙাংদুমক্না লেম্বী কৌবা লাকই, মমা-মপা অনীমক হেমোগা লোয়ননা ইম্ফাল চৎকদৌরি, য়ূমদা কনাসু লৈহৌদ্রে, লাক্তবা য়াদে হায়বা পাউনি । লেম্বী মচে-মতৈদা মরোল শুগাইনা তাক্লম্নগা পন্থবা তৌদনা ময়ূমদা চেল্লকখি।

লেম্বীনা য়ূম য়ৌরকপদা শাজৌ অমসুং থাবল্লে মচা কোন্দুনা হিপ্পিবী হেমোগী ফম্মাঙদা ফম্লম্মী, অনীমক্কী মায়থোং মকই । মহাক মমা-মপাদা মরম খঙনিংনা য়েংলম্মী ।

" ইবেম্মা, নঙ ঙরাং করিগী লাক্তে?" শাজৌ শাওদ্রবসু নিংঙমদবগী খোনফমদা হায় ।

" বাজী, ইচেখোয়না থবক য়াম্না চিল্লি হায়দুনা খাম্বননি। করি তৌরবগে ?"

" নচেসি থক্কৎপা অমা য়াওখ্রে।"থাবল্লৈসু নুংঙাইতনা হায়রকই।

" করম্না ?"

"হুরানবা অমদা কন্না খংলুবনি ।"

" করম্বা মতমদা ?"

" নুমিদাংদা। চাক তোকপগা নচেনা ফমুংদা অঙাং শুমগে চঙলুবদা মমায়দা ফিমু খুন্বা নুপা অমনা উপু হাংদোক্লম্বা থেংনরুরে, হুরানবদু শেল থিরম্বনি ।

" শেল পুখিব্রা ?"

" পুখিদে, নচেনা ঙরাং নুংথিল য়ৌরকপগা লৌগী শেল থীদোকখ্রবনি । উপুদা শেল অমত্তা লৈতে।"

" ইচেবুদি ফুরম-খোৎলন্ব্রা ?"

" মদুদি তৌরমদে, চেনখ্রবনিদা। পাপীদু উবদা নচে ৱান্থরমদ্রবদি ফরল্লোই, থাঙ পায়বা নুপাদুনা শেল থম্ফম খঙনবা হোৎনবদা কিহল্লম্বসু য়াই। কন্না লাউরকপা খোঞ্জেল তাবদগী নমা ঐখোয় অনী থুনা চেন্থোরকখি, নচে লৈমায়দা তারম্লে, জ্ঞান য়াওরমদ্রে। অঙাং মনাক্তা ফমদুনা কপ্লম্মী।"

" হুরানবদু বাজীখোয় উবীহৌব্রা?"

" উহৌদ্রে, চেনখিবম্লে।"

লেশ্বী হেমাগী মনাক নক্কা ফম্লগা মকোক্তা তপ্না নান্দুনা হায়, " মওংদুদা ইচে খংফম থোকই।নিংশিংলুরনু ইচে,তুংদদি খর চেকশিনসি ।"

" ইবেম্মা, লমদমসিদা অদুম তৌরক্কনি হায়বদু খল্লুদবনি।" হেমাগী মমিৎ অনীমক ঈরা চেল্লি।

মশা য়াম্না নুংঙাইতবা মতৌ উবদগী শাজৌগা থাবল্লৈগা অয়ূক অঙনবগী গাড়ীদা হেমাবু ইম্ফালদা পুদুনা চৎখ্রে। লেশ্বী মথন্তা য়ূম শঙহৌই। খুদক্তা লেশ্বীনা য়ূম্লোন্নবগী অঙাং নুপামচাবু থাদুনা মচে তমুবীদা পাউ পীহল্লুই ; য়ূমদা মথন্তা লৈরে, লাকপা ঙম্লরোই খঙহনখিবনি।

লেশ্বী ঈরু-মাইথজবা লোইদুনা চাখুমদা মথন্তগী চাক থোংলম্মী। অচিকপদুনা মহাকপু হৌখ্রবা মতম অমদি মফম কয়াদা পুদুনা চৎলম্মী। অপোকপা-অপোকপী অনীগা পামলৌ য়ানমিন্নরুই। নুংশিরবী মচে লোয়নরুবদা অমুকসু হেন্না ব্রাহল্লকখি। অঙাং ওইরিঙৈদা মপানা মহাকপু কাংপোকপীদা লাইরিক তমহন্নবা থিনবা চৎপদা ব্রাখিবদু নিংশিংলুই। মপানা শেল হুনবা ঙম্লক্তবদগী লাইরিক তম্বা তোকপা তারবদা মহাক কপখি। বরদিন নক্লকপদা মফি-মরোল লৈনবা নুমিৎ মরিনিগী চীং লম্বীদা মরুপশিংগা লোয়ননা থোইদিং য়োনবা তম্পাক্তা লাকখিবদু কুইদ্রিবগুম খল্লি ; অনৌবা ফিবোল খর পুরগা ময়ূমদা হনবদা অব্রাবা পূম্নমক কাউখিবনি। কুমহৈগী মতমদা নুপামচাশিংগা শীংনদুনা শন্দং লান্না চোংবা ঙম্বা তান্নবগী ঙাওশিন্নবদু খল্লুরগা মথন্তা অমুকসু নোকথোকখি। মপাবু খুল্লোন্নবা মী খরনা লাকচনা তৌরকখিবগী মতাংদা মহাক খুদক্তা তেনবী অমদি তা পায়দুনা মপাগী লমন খুম্বা চৎকে তৌবদা মমানা খামখিবদু মমিৎতা উরকই। মমা কন্না নাররুবদা তাংজফম লৌনবা বর্মাদা লৈখ্রবা মখুড়াগী খুন্দা হোংবদা মহাক্না কপখিবদু নিংশিংলক্লি : মমা-মপা অনীমক লৈখিদ্রবা মতুংদা মচেনা মহাক্কীদমক কয়াদা ব্রাজখিবা। মচেগী মকুম থুপ্তুনা লৈরিঙৈদা অথাপ্পা খুনগী পাখং কয়ানা মহাকপু য়েংবা লাকখি, মখোযদগী থৈনবা হোৎবদা তুবেন্দা লোংখোনবা চেনখিবনি। মন্দলেদা কারবাব চাউনা তৌবা পাখং অমনা তুমুগী বোক্ট নোয়ফমদা মহাকপু উখিবদগী মী থারক্তুনা হায়হল্লখি। মচেনা কন্না নাশিল্লকপা মতম ওইবনা ব্রাফমদুদা পুক্লিং চঙনখিদ্রবনি। মচে শিখ্রবা তুংদা সংসারদা মহাক্কী নক্লবা মবী-মতা হায়ববু মুখুড়া অমদি মতৈ নঙনা কনাসু লৈরকখিদ্রে। মহাকপু ঙাক-শেনবীগনি খঞ্জরুবা মতৈনা হব্রাই মতোন চাবা শম্বলগী মশক লৌরকপদা মখুড়ানসু থৌশাবীখিদে। মহাক্না মতৈগী মখূৎতগী নাম্থোক্ল বা হোৎনজরকখিবা অরায়বা লানফম ওইখিদে। থৌদোক্তু নিংশিংলুবগা মশা থক থক নিকই। নুংথিলগী মতমদা মতৈগা চিক্লা লৈমিন্নবদগী নাম্থোক্ল বা নোংঙানবগা চাক চাথোক্তুনা খুনগী নুপীশিংগী তুং ইন্দুনা থবক শুবা চৎলি। নুমিৎ তাবগা য়ূম্লোন্নবগী অঙাং নুপীমচা অমগা তুম্মিন্ননবা থৌরাং তৌই। থা খরদি অসুম্না ব্রানা লেল্লক্লে। কুইথবা য়াররোই খন্দুনা মহাক

চেল্লগে লেপ্লে, মফমদি লাইবক্লা পুবীবদা। মণিপুরগী চীংলোন কয়াদা খোংজাই খুলশিং তারি হায়বা লেশ্বী হান্নদগী খঙলকপনি ; অনকপদদি মরিং খুলশিং লৈ। খুল অমবু ফংখ্রবদি হিংবা যাই হায়বসি মহাক্কী থাজবনি। মতৈগী খূৎতগী নাম্লোক্তুনা চেনবগী খ্বাইদগী ফবা মতমসি নুমিদাংনি হায়নসু মহাক্লা খল্লম্মী। নুমিৎতু অপিকপা খুন্দুগী মী অয়াম্বা লোন্নবা খুল অমদা লুহোংবা য়াওনবা চৎনখ্রে। হনু-হনা খবতনি লৈহৌরিবা। নুতিগী মহাক্কা তূম্মিনবা অঙাংসু ময়াম চৎপদা য়াওথোকখ্রবনি। লুরবা তানফম লাক্লে খন্দুনা মহাক নুমিদাংৱাইদগী হৌনা চেন্নবা থৌবাং য়েংলুবনি, মফি মরোল খর লাপ্লা থৈদোক্লুই। অদুবু মতৈনসু মহাকপু শেন্নবগী মওং উবে। মহাক্কী উকল ওইবকখিবা নাক-য়েৎকী যূম্লোন্নবশিং অমত্তা লৈত্রবনিনা মতৈ নুমিৎ তাবা ঙাইবগী মওংদা শেন্নরি। মমখ্রবদি উবা ঙমদ্রবা হনু-হনাশিংনা মাগী অনিংবদা খূবৌ চেল্লরোই মতাগুম মহাক নুঙাইরবনি। মম্বা ঙাইবিবা মতৈগী খূৎতগী লেশ্বী নাম্লোক্ল বা তাঙ্গা ফংখিদ্রে। উপায লৈত্রবী লেশ্বী য়াচংবগা মহাক্কী তোপ্লা লৈবা কাদা চঙলম্মী। ৱাচেৎকী থোঙ অকনবা উ অমনা চেৎনা ঙাকশিল্লি। মহাক হিপফমদা ফল্লি, মতৈ তূমখিবগী মওং উরবদি লোন্না চেনখিনবা থৌরাংনি। নুমিদাংগী অহানবা পূংজা মক্তা মহাক্কী থোঙদা দং দং থীল্লক্লে। লেশ্বী কা হেন্না কিরুদ্রবসু শ্বাই পাখৎপা অমদি যাওবি। শোযদনা থেংনবগদবা লালফম্নি খঙলকপনা থৌনা খোমজিনবা থূই, মতৈনা কৌবকপা তাশিন্নদে। থোঙ হাংদোক্লবা লাউবা তোযশিল্লকপগা মহাক থোঙাকচৈ চেকশিন্না শেন্নকই। অকনবা পাঙ্গল শিজিন্নববসু হাংদোকপা ঙমদ্রবা মতৈ চৈ-থাংলম্লগা হন্দোকখ্রে । মহাক স্বর খরদি নেমথরে অদুবু থোঙ চেকশিনগদবা মতম্নি হাযবদি খঙজে । কুইদে, মতৈ তমথীবা মতৌদা থোঙ থাঙনা য়ান্থৎপা হৌরক্লে। থোঙাক চৈ তাখ্রে। চৈদু লেশ্বীনা খূৎলাই ওইনবা খুনগৎকে হোৎনবিঙৈদা মতৈ চোংশিল্লকপনা হাল্লি, মহাকপু মখ্বাংদা কোন দুনা হিপফমদা থাংজিল্লি। লেশ্বী নুপা অকনবগী পোৎলূম লাইনা পুবা ঙশ্বীনি,মতৈনা পাক মথক থংবা ঙমদে; লাক্লবা কুইরক্লে। মমৈথংদা মহাক্কী অশোনবা য়েংদুনা মতৈনা শাংলবা শম খুদাংদা য়েৎখ্রবদা মহাক মায়থীবগী পূংফম লাক্কদৌরে । লেশ্বী ৱাখল চোইদে, মহাক্কী মোন

ৱাংখৎনবা থম্বা উকক অমা মখূৎ য়েৎনা তপ্পা লাম্লগা খূৎপায় চেৎনা পায়দুনা মতৈগী কোক্তা শাফু খন্না য়ৈরম্মী । লেঙখিদ্রবা মতৈদগী মশম শৎতোক্লগা মহাক মপান্দা চেন্থোরকখি। অহানবা মীকুপ্তা মফি থোংদ্রে খঙজদে ,পাখৎনা চেল্লি। তিংখংনা খেৎপগী চৈনা ফাওরকপদা নাল্লুবদগী ফনেক য়াওদ্রে খঙলকখি, অদুবু হঞ্জিল্লুদ্রে ; ফি থৈদোক্কুনা থমখিফম য়ৌনবা লেপ্তুনা চেল্লক্লে।

শা-কৈ কিবদগী অহিংদু পন্থরল্লবদি মতৈগী খূৎতা তারম্লগনি খল্লুরগা লেম্বী ইখং খংবগুম চাকখুমদগী ফুক হৌগৎলকই। থোঙজিন ময়া য়ৌনা চৎলুরগা স্বর শাংনা হোন্দোক্কুনা অমুক ফমথৈ। মথংদা লেম্বী মহাকপু কনবীখিবা মৈতৈ ওজাবু নিংশিল্লকই। হন্দক্তি ওলাংলকপনি,মচীং দগীসু খঙহৌদনা থোকখি – ' মহাক ঐবু উনবা শোয়দনা লাকখিগনি, অদুক পুকচেল চাউবা মীনা হায়বা ৱা শোয়বা হৌনদে।' পুক্লিংগী লাংতক্ল বা কা হেন্না মশা কাঙলকপদা মহাক ফাথনবা হোৎনৈ।

চাক চাবা তোকপগা লেম্বী মাঙ্গোন্দা ফমদুনা তওৎনা লং হল্লম্মী, তুমিন ফমদোকপা হৈনদবীনি, থবক্তা পুক্লিং লুপখিবনা নিংশিংবা পূম্নমক মাঙখ্রবগুম্মি। নুপা অমা থোঙ্গাল্লোমদগী পরপ পরপ চঙলকখিবা লেম্বীনা উই । নিংথেম ওইরম্বদা মহাক ইমুংদগী মোরা লৌথোক্লুই । নিংথেম অশেম্বা মিনোক্না লোয়নন মাঙ্গোল কাখৎলক্লে।

" লেম্বী, নথন্তা লৈরব্রা ?"

" হোয় ইতৈ, ইমাখোয় ইম্ফাল চৎখ্রে ।" লেম্বী নোল্লুকই ।

মোরাদা ফমথবগা নিংথেম্না হায়, " ঈশিং খজিক্তং থক্লে ।"

ঈশিং লৌবা লেম্বীনা ইমুং চঙবদা নিংথেম মখূৎনা মোরা পায়দুনা ইন্নরকখি । লময়াইদা মোরা থারগা ফল্লিবা মতৈদা লেম্বী ঈশিং পীরৈ । ঈশিং লৌরগা নিংথেম তপ্পা হৌই, " নঙোন্দা অরোন- অথুপ ৱারী অমা শানগদবা লৈরে, ঙাইহাক্তং ফমখো । "

লেম্বী মোরা অমদা নিংথেমগা মায়োক্লনা ফমথরকই । ইকাই-হঙ্গোইবগী শক্তম পক্তবী মহাক্কী মায়থোং য়েংলগা নিংথেম ইচং থৌবা হেল্লকপগুম হায়, " ঐ ঙসি নঙোন্দা ৱা অমত্তং হায়গে লাকপনি। "

" করি ৱাফম্নো ইতৈনা তাকপীগদবা?"

" পুন্সিসি মহৈ য়ান্না অৱাংবা থাক্তা কামিন্নসি ।"

" ইতৈখোয়বু ৱাংদ্রিব্রা ? লৈবাক্কী মন্ত্রী ওইখ্রে, হৌজিকসু ওইনবা থৌরাঙ তৌরি ।"

" মন্ত্রী হায়বসি ইরায় লায়না ওইবা য়াদবনি , নঙসু খঙলিবনি ।"

" মীচং-শঙ্গল,শেল-থুম,মহৈ-মশিং অমদি চীনফেন ফবা চঙবনি।"

" ইমুং অমগী অৱাংবা পান্দম ফংনবা হোৎনবদা নুপা-নুপী অনীগী থোং মান্নবা থৌনা-লৌশিং চঙঙি ।"

" য়ূম্বানবগী তঙ্খাই শরুক লৌরিবী নুপীগী থৌদাংবু মচারা ? অদুগা অনী মান্নরবদি লঙ্কা চোংঙি হায়নবসু লৈ।"

" লেম্বী, ঐনা কৈরাক কানবা হোৎনবদা ইমুংগী নুপীনা খোঙ পায়দুনা য়ানবগা অমহা ওইরে।"

" ইচেবু অদুম্না থাদনবা মরম ঐদি উবা ফংজদে।"

" নঙ মাগা লোয়নবা কুইদ্রিবগী খঙদবনি। মা ঐগীদমক্তদি খুরৌ মখল অমনি।"

" ঐদি ইচেসি মমল লৈবী নুপীনি লৌজৈ।"

" মপুরোইবা অমত্তনা কায়েনখ্রবী নুপী ফাওবা হুন্দুনা ঙাঙনিংদে।"

" নুপী পূম্নমক্কী লমচৎ লৌশিং মান্নদে.অদুম খল্লগা পেন্থোক্লসি ইতৈ ।"

" গুন চেনবী, ৱাখল-লৌশিং চাউবী নঙগুম্বী অমগা শঙ্গা তৌবা ফংজববদি ঐসি লৈবাক্কী অতোঙবদা ময়াই লেপকে খল্লিবনি ।"

" ইতৈগুম্বা হৈ-শিংবা নুপাশিংগীদমক্তদি নীংলুবা পূম্নমক মপা ওইবনি।"

নিংথেমগী নুংগী মীনোক মায়থোংদা ফাওরকই। লেম্বী ফমফমদগী হৌগৎলগা থোঙলোমদা মখোঙ থাংবদা নিংথেম্না মাবু খাম্নিংবগুম মখূৎ তিংথোকখি। লেম্বী পৈতক য়েংলম্লগা নান্থোকখ্রে, চৎনা চৎনদি হায়রম্মী, " মপান্দগী ফি অমুক্তং লোকশিঞ্জরুখিগে।"

মথন্তা ফমহৌবা নিংথেম ইমুংগী কাশিংদা লৈদুনা য়েংলম্মী। মখা

থংবা অচৌবা কা অমদা ফমুং অনী য়াম্না নান্না থাদুনা লৈবদুদনি মহাক্না মুন্না যেংলিবা। অৱাংপা য়াওদ্রবী লেম্বীনা চঙলকপদা নিংথেম কল্লক মীহৌবনা মশা পৃম্বা য়েৎশিনখ্রে ; তপ্পা থোঙ থিংজিল্লগা কোরোল চেৎনা লোনশিল্লিবী লৈশাবীদগী মহাক্কী মিৎফম হোংদে। চঙশিল্লকপীদুনা ইহা হাদনা হায়রৈ, " অরোনবা ৱারীগী অফবা মরুপ্তি চেকশিনর্বানি।"

" অসিনসু নঙগী লৌশিংগী চাং তাক্লিবনি।"চেৎনা লোল্লবা মনীং থোঙদা যেংলগা নিংথেম্না খোঞ্জেল নিক্তক হায়।

" নুংথিন্দা লোনবা থোঙগী মরোল লৈ।"

" অদুনা ঙসি ঐনা নঙোন্দা অরুবা ৱা হায়গদৌরি।"

" কনাসু তাদ-খঙদনবা থৌরাঙ অমদা থমজরবনি,ইতৈ।"

" লেম্বী, ঐখোয় অনীগী পুন্সি ঈচেল অমত্তদা পুল্লসি।"

" ইতৈনা চানবীবদুনি ঐনা ঙাইজরিবা।"

" লৈবাক্লা য়েংনফম ওইবী, শক্তি পায়বী নুপী অমা ওইনা ঐনা নঙবু থাঙ্গৎকনি ।"

নিংথেমগী খোঞ্জেল খর নিকপগা লোয়ননা হৌগৎনিংবগুম মশা লেঙলকপদা লেম্বীনা থৎলি," ইতৈ, ঐখোয় ইচেসি মপামসিদা মশক উৎনিংদ্রবগুম তৌই ।"

" তমুবীগী ৱাদু হুন্দোকখ্রো ।"

" ইতৈনা শেল শিংদোক্তবনা ইমা-বাজী ৱানা ইকাই ফিরু খুমদুনা লেল্লকখি ।"

" অপীবা শেলবু শিংনব্রা ?"

" অদুক য়াম্বা শেলফম পীবীখিবা বাজীনা অৱাফমদা তাববা মতমদা ইতৈনা হন্না যেংবীদে ।"

" মন্ত্রী ওইবা ঐখোয়দি প্রজাশিংবু অমত্তা ওইবা মীৎযেংদা থমগদবনি । মরী-মতানি হাযদুনা মীচং-শঙ্গন নাইবা য়াদে ।"

" মতমদুদা ইচেনা ৱাজখিবদু ইতৈনা উবীদে ।"

" ময়ূম পাল্লবী নুপীদি মপুরোইবগী মায়ওন যেংনা থবক তৌগদবনি ।"

" ইতৈনা পুবীরিবা নুপা-নুপী অনীগী মরীসি ৱাংখ্রেদা ।"

" খঙজিনবা থুবী নঙগুম্বীবু ঐনা করম্না থাগৎলোই, ঐগী কবম্না ওইনিংলোই ।"

নিংথেম হৌগৎলকপগা লেশ্বী মশম চেৎনা পুনশিন্দুনা মহাক্কী কাবোমদা পরপ পরপ চৎলি। মতৈনা মহাক্কী তুং ইন্নরকই। কা হেন্না নকশিল্লকপা মতৈদা লেশ্বীনা শৎত্রিক য়েংলম্মী, হবাওনা তিংথোবকখিবা করাম চাউবা নুপাগী মখূৎ তাপ ফারগা হায," ইতৈ, ঐসি মতিক চাবী নুপীরা হায়বদু য়েংবীবো।"

করম্বা পাঙ্গল শিজিন্নদুনা লেশ্বীনা লংখিবনো, নিংথেমগী মমায ফক্লাং যূম্বীদা শাফু কন্না যৈখিবদগী মমিৎ পাংবা ঙমদনা ঙাওরি ঙাওরি লৈথোবকপদা মখূৎ অনী চংদুনা অমুক্কা থোম্বদা অচৌবা নুপাদু লৈমাযদা লোংনা হাযথখ্রে। কাচিন্দা ঙাবা লীচৈ অমা লেশ্বীনা তাপ লামখি, খূৎপায চেৎনা পাযদুনা পাঙ্গলগীদম চাউথোকচবা নুপাদুদা কন্থবা হৌবকখি। নখাং অমদি নাকমদা থোমখিবদগী মকোক ঙাওববা নিংথেম মাযবোং য়াবা ঙমদনা হন্দুনা চেল্লি। কালিগী শক্তম লৌখ্রবী লৈশাবীনা তান্নদুনা কন্থবি, মমাঙথোঙ হাংদোক্লবা কোরোল লাল্লিবা নিংথেমগী খূৎপু কন্থৎপদা ফদ্রাক ফদ্রাক তাবে । চৈনা খাঙবা ঙমদ্রবা নিংথেম মনীংথোঙলোমদা হোৎতোক্ল বা চেনবদা লেশ্বীগী লীচৈনা খুজেংদা থোম্বদগী ফৈনা হাইথুরে । মনমদা লীচৈ কাবল লাকপদা মখ্বাযদতি কনবীয় হাযজনবা হৌগৎলুবদা হেন্না খুদোং চাখিদ্রে, ফৈনা হাইবকপা লীচৈ মতোন্না নিংথেমগী ময়া মঙা থোমদোকখ্রে ।মকোক্তগী, মখূৎতগী,মচীন্দগী হাথবকপা নিংথেমগী ঈনা লৈমাযদা অকুৎপা মফম থিলকপদা লেশ্বীগী মিৎ-মা চোইবকই , মীনুংশি পক্লবা কাবাম চাউবা নুপাবু বলি কক্লবা মমাঙদা থম্লবা হামেংগুম উবকখি । অদুমকপু, লাম্পী খুলগী ওজাদুগী থৌজান নিংশিংলুরগা ঙাকপীবগী ব্রাখল অমা থুংলরে । নিংথেম ঈবক্তা থবো থবো ওল্লি। চুম্না ফশ্বা ঙমদ্রবা মহাক্কী মখূৎ অনী থক থক নিক্লা লোন্নদুনা লাউরকখি, " থরায়তদি কনবীয়ু ।"

লেশ্বীনা নিংথেমগী লরাই শম লাক্তুনা চিংখৎলগা লাউশিল্লি, " চুম্না ফশ্বীয়ু, ইতৈনা তৌবীগদবা থবক লৈরি।"

লেশ্বী মখা থংবা কাদগী চেগা কলমগা লৌরুরগা নিংথেমদা পীরে।

" চেদা ঈ তোৎতনবা খূৎতু ফিনা ফজনা তৈথোকপীখো, ঐনা হায়বা মরোলশিংদু ইতৈনা ইবীগদবনি ।"

হায়বা ইল্লবা নিংথেম মখূৎ নিক্লা কলম পায়রগা ইননবা থৌরাঙদা লৈরে । হেমা মরোল হায়বা হৌই - ' মখাদা সহি তৌজরিবা নাওরেম নিংথেম ঐনা ঐগী ইকুবোক, ঐগী নুপীগী মপা শ্রীমোইরাংথেম শাজৌ সিংহগী মহুৎ শিন্দুনা চৎলগা লৌরুবা মহাক্কী ক্ষেতিপুরনগী শেলফম লূপা লীশীং অহুম চানিপাল ইকুবোক মশাগী খূৎতা শিন্নখিদ্রে, ঐগী ইলেক্সন অমদি লন্নাই থবকশিংদা শিজিন্নথোকখ্রবনি। শেলফম অসি য়াম্না থুনা ঐনা ইকুবোক্তা শিংদোকচগনি হায়না অইবা ৱারোল অসি পীজরি।

নাওরেম নিংথেম।

লেম্বীনা নিংথেমগী সহি তৌরবা চে লৌরগা অতোপ্পা অমগা অমুক পী," অমগা ইবীখো।"

নিংথেম মরোল খঙনিংবগুম য়েংখৎলকই। লেম্বীনা মরোল হায়, - ' ঙরাং অহিং নাওরেম নিংথেম ঐনা শেল হুরানবা হেমাগী কাদা চঙলম্মী।'

নিংথেম খংপ্রেক খংঙি, অদুবু খাঙলম্মী, " ঐ হুরানবা চৎলুদে । ৱাফমদু ইবা ঙম্লোই ।"

" কান্নরোই ইতৈ, ইবীয়ু। ৱাফমসিমদি ঐনা অরোনবা ওইনা থমজগনি। ইচে হেমানা লমদম অসিগী মীশিংবু চিংনবা কোক্লবা অমদি য়ূমসিদা লৈবদা হঙ্গোয়দনবা মথন্তবু খঙহঞ্জগনি,অতোপ্পদা তমথোক্লোই হায়না ৱাশকচরি ।"

" ৱাফমদু ঐ করিমত্তা খঙদে, হুরানবা চঙলুদে।"

লেম্বীনা লময়াইরোমদা য়েংখিবদা মহাক্কী অঙাংবা ফনেক শন্দোক্লা তারি। মহাক্তি হান্না মখূৎনা শূরগা শঙ্গোই মরুমদা ফৌরম্বা মতৈ নন্দগী খোংগ্রাউ মরক্তুদা মপান থোক্তুনা চেকশিন্না শেৎলগা তৌখিবা থৌরাঙগী মথক্তা ফনেক শেৎখিবা কাউরুরে। অশাউবনা হেনখিবনা ফনেক তাখিবা খঙখিদবনি, নিংথেম্নসু মহাক্লা অদুক থুনা ফিজেৎ হোংখিবদা ঙকখিবনি। লেম্বী মহাক্কী ফনেক তাপ পায়খৎলগা নিংথেমগী মথক্তা কুপ্লম্মী। খূৎলৈ থুনা চাকখুমদগী ঈশিং থন্না য়াওরবা তেক অমা হৈথরম্মী।

নিংথেম মখোঙ-মখূৎ ফ্রিং ফ্রিং কাউদুনা খাঙখি, লেম্বীনা ফি লৌথোকপগা স্বর থৎখ্রবগুম থবেৎ থবেৎ হায়, " ইরগে।"

লেম্বীনা চে-কলম পীবগা মরোল হায়নবা নাইদনা নিংথেম ইখ্রে।

লেম্বী চে-কলম মহাক্কী কাদা থম্লুরগা থোরক্কুনা হায়রৈ, " ইতৈ, ইশাগী ইজ্জৎ কনবীনবা য়াম্না থুনা চৎপীখ্রো। অচোৎপা ফি অমদি অশোকপা উদনবা ঙৌবোং অসি পুবীখিবা য়াগনি।"

অরাংবা ঙৌবোং অমনা ফিরু খুমদুনা অয়াকপা নুংশাদা নিংথেম মখোঙ শেক শেক্কুনা চৎখি।

# ৩০

চীংনুং মায়কৈ অমগী লাইরিক হৈবা অহানবা মোশিল মীয়াম হুপ্না শৌগৎখিবনা ভোট কাখি। নহা ওইনা শক্লাইবা মন্ত্রী ওইরদা সহরগী ময়ায়মক্তা সরকারগী অচৌবা বঙ্গলোদা লৈখিবা কুইরক্লে। নোংমতং মহাক্কী লৈফমদা কোয়রুনিংবগী ৱাখল লৈরবসু থোইবা হৌজিক ফাওবদি চৎলুদ্রি। মোশিলবু শিল্লোংদগী বিঃএঃলোইশিলহন্নবা হোৎনবদা মহাক্না পীখিবা মতেং অখণ্ডবশিংনা শীংথাদবা ঙল্লোই। কোনাইনা মচাগী শেল থানবা লৈরক্ত্রবা মতমদা থোইবা য়াওনা শেল পূবা চেনখিবনি। লাম্পী অমদি খুল্লোন্নবশিংদগী পূবা ফংলক্ত্রবদি বর্মা ঙাইশিংগী য়ৌনা মখোয় অনী চৎপা য়াওখি। পূরুবা শেল মতম চানা শিংদোকপা ঙম্নবা কোনাইগী ইমুং কৃস্বী-কালেন,নোংজু-নুংশা থিদনা অৱাবা খঙদ্রবগুম শূ-নোম্বনি। মদুদা থোইবা পাঙ্গলগী ঙমজবা মতেং পাংদুনা লাকখি। ময়ামসিগী মথক্তা চহী খর লোয়নরকপদা, মহাক মোশিলগী বাজনীতিগী তানফম মীশক ওইরকখ্রে। মরম অদুনা মন্ত্রী মোশিলনা মহাকপু থম্মোয় শেংনা নুংশি।

লাম্পী খুলগী মীশিংতা নত্তনা কেন্দ্রগী মীয়াম্না মখোয় মন্ত্রী মোশিলগীদমক চাউথোকচৈ, মখোয় মন্ত্রীনা পায়খৎলক্কনি হায়না ৱাশক্লম্বা থবক-থৌরম কয়াগী মরমদা তৎতনা ঙাঙনৈ।

“ঐ মন্ত্রীনা কৌবদগী চৎলুবনি, পিওন হাপ্পীগে হায়রকই।” মীয়াই চল্লবা, মীরৈবাক্কা তাইনবা খুন্দা লৈবা নুপা অমনা হরাওনা হায়।

নহা অমসু ফঞ্জরি, “ঐঙোন্দসু হায়বনি, মদুগুম্বা থবক্তু ঐদি

হৈনরোই, ঠিকা পীয়ু হায়রম্বনি ।"

"ঐগীদি স্কিম অমা পীগে হায়রক্লে ।" অহল অমদি নিংবা থুংলগনি খন্না হরাওরম্মী ।

" নহাল ঐ মাগী বঙ্গলোদা হাপ্তা অমা লৈরুই, নুংঙাইহে। মন্ত্রী হায়বসি ওন্থোক্লা ঙম্বা জাৎনিকো, চাউর চাউরবা ওফিসার সাহেবশিং মহাক্কী য়াথং লৌনবা য়োল্লে। ঐগী ইচানুপা অহলসিনা মেত্রিক পাস হেক তৌবগা ওজা হাপ্লীগনি ৱাশকহৌই।" ভোটতা এজেন্ট ওইদুনা কন্না লাঙখিবা নুপা অমা নুংঙাইজখি ।

ফি শারিবী মৌ অমনা হায়," ঐ নহাল ঐখোয় মন্ত্রীগী মনাক্তা চৎলুবদা নুপীশিংগী সোসাইটি শেম্মু ; লং মেচিন্নচিংবা খূৎজু-খূৎলাই পীথরক্কে হায়রকই ।"

ফম্মিন্নবীনসু তম্মি, " ঐঙোন্দদি তেরেস শেম্মু, শেল চাউনা থাদরক্কনি হায়রকপনি ।"

লৈশাবী অমসু য়াওশিল্লকখি, " ঐখোয় য়ুথকী ওইনসু পীবক্কদবা পোৎ য়াম্না লৈরে, দরকার ওইবা পূম্নমক ফজনা ইরগা পীখৎলকউ হায়রকই।"

খুঞ্জা নহা-অহল পূম্নমক মখোয় মন্ত্রীগী মনাক্তবু চৎলুরবদি লাইরবা কোক্লগনি হায়বগী ৱাঙাঙ তৌনৈ, মসি লমদমসিগী মীযামদা নৌনা থুংলবা নাপলনি। চৎপা উবগী পাঙ্গল ৱাৎলবা,চহী য়াল্লবা ফিঙারুক শারিবা অহলশিংদগী হৌদুনা শাদানবা চৎপা নহাশিং অমদি লোক্তা ঙা ফারিবী নুপীশিং য়াওনা মন্ত্রীনা মখোয়গী লাইরবা কোক্লবা থবক কয়া তৌবক্লগনি হায়বগী নুংঙাইবা ৱারীদা মুন্নবনি। মন্ত্রীনা চাউবা, তৌবা ঙম্বা অমদি নুংঙাইনা হিংবগী ৱারীনা থোইবাগী নাকোংদা লেপ্তুনা য়ৈববে । পাউশিংদুনা নুংঙাইহনবদগী মহাকপু লাংতক্লনহনবনা হেল্লি ; মহাক্লা নিংজবা লম্বীদা মোশিলনা কদাই ফাওবা শেংনা চৎকদৌরি খল্লুবদনি। ৱারী শাননিংবগী যৌরাংবগা লোয়ননা মহাক মন্ত্রীনা খুন্দা লাকপা যাম্না ৱানা ঙাইখি। মন্ত্রী লাকপগী মতম মথং মথং য়ৈথোরক্লবদা মশাগী থোঙ্গুল মতম কুইনা তারুখিদ্রবা তম্পাক্কী লমদমদা চৎতুনা মাবু উনরুবগে লেপ্লে।

থোইবা মন্ত্রী উনবা চৎকদৌরি তাবদা কোয়াঙমগী নুপী লৈদার

চেল্লক্তুনা পাউ লৌরে।

" ওজা, মন্ত্রীগী নাক্তা ঙসি চৎকদৌরি হায়বদু চুম্বীব্রা ?"

" হোয় চৎনবা থৌরাঙ তৌরি, করিগীনো ?"

" ৱা অমত্তং হায়জনিংবনি ।"

" হায়যুনে ।"

" ঐগী নুপাবুসু খর লোয়নবীয়ু ।"

" কোয়াঙম্বো ?"

" ওজাগা লোয়নগদৌরি খঞ্জরগা মাবু থাজগদৌরিবনি। মাদি পোকপদগী তম্পাক অমুক্তসু কৃম্লুদ্রি। মীনা কৃক কৃক ইন্নবা মফমদুদা যাম্না মাঙগল্লি হায়নৈ ; অদুনা থৱায় ৱাজৈ। মাসু কিবগুম কবিগুম, ওজা চৎকদৌরি তাবদা যাম্না হরাওজবনি ।"

" মাগীদি করি থবক লৈ ?"

" মন্ত্রী উনগদবনি। মোশিলনা হাযবম্বা লৈ, মশানসু কাউবল্লোই খল্লি। মানবু ভোট কারবদি কোয়াঙম্বু পিওন হাপ্পীগনি হায়না ৱাশকখি। হৌজিক্তি মা মন্ত্রী ওইরে,কোয়াঙম চৎলুবদা শোয়দনা হাপ্লগনি।"

" লাকহল্লো, ঐ শেম শাবা লোইববনি।"

লৈদার হরাওনা চেনখ্রে । থোইবাগা লোযনগদবা মৈত্রম্বুসু য়ৌরক্লে, খোঙচৎ অসিগীদমক নুংঙাইবা উৎলৈ ।

" ওজাগীসু য়াওনা চযোম শেম্লক্লে ।"

" ইপাগী অতৈ পুবীরিবা পোৎশিংসিদি কবি করিনো ?"

" ঙাপোন মঙাগা মনা মৃথা তবাগনি ।"

" মোশিলদা পীবীনব্রা ?"

" নত্তেদা ।" মৈত্রম্বু খুরবা মমিৎ অনী উইশিন্দুনা মমায় ঙাংতক নোকই, " ভাবাগীদমক য়োল্লুনবনি।তম্পাক তাবগা,ললোনবী পোৎতিকপীশিংনা লৌখ্রগদবনি ।"

" য়াম্না লূমগদবা মাল্লি ।"

" লূমদে ওজা। হন্দক্তি তম্পাক চৎলবনিনা ওজাগী যূম খঙলগনি। করি করি পুসিগে ?"

" তম্পাক্তা ঐগী যূমসু লৈতনা।" ফাগি য়াওদবা থোইবাগী

ৱাঙাঙনি। " ঐগী যূমদি চীংদা, উমংদা, মীওইবনা লৈনিংদ্রবা মফমদা।"

" অদুদি হয়েং নঙনা লুহোংলগা।"

" কনাগা ?"

" ঐখোয়না খনবা লৈশাবী অমগা।" ফাগিদগী মৈত্রম্বু মশাগী অনিংবদা লৈথখি,"ওজানা ঐখোয়গী খুলগী মী ওইরবদি কয়াদা নুংঙাইজগনি।"

" ইপা,ঐসি খুলসিগী মী ওইদ্রিব্রনে?"

" হৌজিক্কীদি ওইরি, তুংগী ৱানিদা।"

" তুংগী ৱানি ঐনা ইপাদা হংজরিবসু।"

" তুংগী ৱাবু কনানা খঙবা ঙম্বনো ওজা।"

" চুম্মি,পুন্সিসি হায়বা ঙমদবা ৱারেপ ময়াম্নি।"ৱারোল লৌশিনবা ঙমদ্রবা মৈত্রম্বুদা থোইবানা হায়। " চৎকদৌবসি ঐখোয় অহুম শুরে।"

" কনানো অমদি ?"

" কোয়াঙম।"

" কোয়াঙম? মাদি করিগী ?"

" মাগীসু থবক লৈ হায়।"

" মাগী নুপীনবু য়ারমগদ্রনে?"

" লৈদারনা থারিবনি।"

" ও, লাকপু লাক্লে।" মৈত্রম্বুনা কোয়াঙমদা য়েংলম্মী। কোয়াঙম নঙন্দা পোলাং অচৌবা অমা, খূৎতা য়েম্বা য়াওবা পোলাং মচা অমা পুরকই। মহাক হোবে হোবে চেল্লকপনি,লাপ্তুক লাউরকই,"ওজাখোয লোইরব্রা?"

" নঙবু ঙাইহিরিবনি। করিনো পুরিবশিংদু ?"থোইবা পোৎশিংদা য়েংঙি।

" হৈরুবোবনি।"

" মোশিলগীদা পুনব্রা ?"

" নত্তে ওজা, য়োল্লগা ভারা ওইনবনি।"

" নখোয়দি ভারাগীদমক পোৎ পুনরি, ঐদি করি পুসিগে ?"

" ওজাগীদি ঐখোয়বু পুরিবসিদি ?" মরিং নুপা অনী অমুবা য়াতোন

উৎনা নোক্লম্মী।

থোইবানা লেংবান্দা খাউ মচা অমা হাইগৎপগা মখোয় অহুম খোঙশানবা হৌরে। খোঙকাপ খব কৃমথরুরগা অঙম্বা লম্বীদা অমুক হাইগৎলকখি। পূং অনীগী মতম চপ চানা স্বব মপী হোন্না চিংঙম কারবা তুংদা অথেম্বা লম্বী ফংলে।

" কোযাঙম." মযাইদা চৎপা থোইবানা কৌই ," ব্রাবী লীনরবদি লম্বী তেল্লি হায়নৈ, নঙ অমত্তং লীযুদো ।"

" হৈতেদা ওজা ।"কোয়াঙম তুংদগী নোক্লকই ।

" মীনদি যাম্না হৈ হাযনৈদা ।"

" কনানা হায়বিবা ?"

" মী লৈ, হংলিবা নঙ মাযথীগনি । পাখং ওইবিঙৈদা ব্রাবী যাম্না লীখি ; লৈদারবুসু নঙগী ব্রাবীনা শুমখিবনি হাযনৈ ।"

কোযাঙম থীক থীক নোক্লম্মী। মহাক ব্রাবী খর নিংশিংলক্লবসু লীথোক্কদবা ইকাইদুনা তুংদগী খক হাইগৎলক্কে। অশুকপা উমংদা নুংশিৎনা থোকহনবা সৃবগীতাল চানা যোংমু অমা নক্লা খোংলকই -- উ-হুৎ, উ-হুৎ। খোঞ্জেন্দু তাবগা কোয়াঙম ব্রাবী লীনবা শেম শাখিবগুম তৌই, হাযরকখি, " ওজা,' যোংমু ফাওবা দযা তাববী লুখ্রাবীগী অব্রাবা খঙঙি' হায়বা পাউবৌ তাবীরব্রা ?"

" অমুক্তা তাদ্রি, অদুগুম্বনি ঐনা লীযু হাযবিবদু ।"

কোযাঙম ব্রাবী হৌই ।

" ওজা, য়োংমুশিংসি মতৈ-মনাও পানবনি, তাইবং মীগুম । মখোয পুন্সিগী মরুপ্পি, অমনা অমবু থাদোক্লগা অতোপ্পাগা খক লোয়নদে। লাংদা থুরবা অমোম কন্নবা হোৎনবদা লাবা শিদোকপা ঙম্মি, মতৌ অদুগুম্না অমোম্নসু । লাবা শিখ্রবা যোংমু লুখ্রাবী মতৌ যেংবদা ব্রাদবা ঙমনদে, নুমিৎ কয়ানি মচিঞ্জাক চাদনা উতোন্দা থুপচিন্দুনা লৈগনি । মৈচাক খজিক্তং কোক্কুনা মচিঞ্জাক থিবা হৌরকপদসু মা মযামদগী নাইতোম তাই। অনৌবা মরুপ ওইনবা থেম্লবা লাবশিংদগী থাপ্না লৈনবা হোৎনবদা লোৎতুনা লৈ; অদুগা অমরোমদসু মনাক নক্লবা হোৎনরুবশিংদু মাগী মতৌ উবদা নীংবা কায়না হন্নখিবনি।"

থম্মোয় নুংদা পেঞ্জবগুম থোইবা খংনোক নোকথোকখি,“ অদুদি য়োংমুশিংনা সতী ধর্মগী চৎনবী ফজনা ঙাক্লি, তাইবং মীওইবনা কাউথোক্ল খ্রবসু । হায়বদি শা ফাওবা অৱা- অনা তারবশিংগী শরুক য়ামিন্নে।”

মৈত্রম্বুনা কোয়াঙমগী ৱারী শৌগৎলকখি ,“ য়োংমু লুখ্রাবীনা তেন কিবীদে। মরুপ কায়নবগী অৱাবনা হেনখিবনা মশাগী থৱায়বু করিসু খন্দবগুম তৌই ।”

ৱাফমসিনা অশেংবা ওইরবদি য়োংমুশিংবু ৱাংনা থাঙ্গৎফম থোকপা জীবনি খন্না থোইবা নুংঙাইজে। মখোয় অহুম অশোংবা নারক্কী লম্বীদা মতম শাংনা চৎলবা তুংদা অৱাংবা চীংদোন্দা লেপ্লরে ; মফম অদুদগী,থাখাইমুক্কী মমাঙদা পাম্লৌ মৈনা মৈথাং লান্না মথং মথং চাকখিবনা খুল অনী তাঙ্গোই ওনখিবা চীংমায় নাপোমশিংদু উখি। অৱাবা তারবা খুঞ্জাশিংনা তেংবাংগীদমক মন্ত্রী মোশিলগী মফমদা তোয়না চৎখিবগী কান্নবা লৈখিদে হায়না থোইবাদা তম্লবা য়াওখ্রে । প্রলয়গী মৈ অদুনা মফম অসিদসু য়ৌরক্লুনা পুমকোক কোকহল্লম্লবা চীংচেপ লম্বী অমদা মখোয় চৎলরে । মৈতাল ওল্লবা উ পাম্বী খর নত্তনা পনফম লৈত্রবা, ফক্লাংগুম ঙল্লবা চীংমায়দুদা খুদুপ অমগী চাংতমক পাকপা লম্বীদু শেম্বদা খুঞ্জাশিং য়াম্না ৱানখিবনি । চীংদোন্দগী থাদরকপা থৌরী খ্বাংদা পুল্লগা লম্বী শেম্বদা থৌনা ফবা মশক তাক্লখিবনি। মরমদি খুজি-খুনাম্থোক্তা করিগুম্বা নান্থখিবা থোক্লবদি হিংবগী ৱা লৈত্রে। লম্বী অদু লানবা মতমদা মখোয় অহুম ৱা মচেৎ অমত্তা ঙাঙনদে । তুং ইথং থংনা চৎপা কোয়াঙম ইখং খংনা লাউরকই , “ হোই ! ঐগী য়েন নাম্থোকখ্রে ! করম্না ফাগনি !”

মাঙ থংবা অনীনা য়াম্না চেকশিন্না তুংলোমদা য়েংখিবদা কোয়াঙমগী য়েম্বা মতম শাংনা মখোঙ থুপচিল্লুবদগী ইপঙ পঙনা, চৎপা তম্লকপা অঙাংগী মতৌগুম অখুবা লম্বীদা চৎলি। কোয়াঙম্না ফানবা থৌরাঙ তৌরুবগা অঙাংবা য়েম্বা মশা অনী শন্দোক্লুনা লোকখা তম্না পাইথখ্রে। কোয়াঙম তক শোন্না লাউরকই, “ বা বা ! ফজৈহে ! এরোপ্লেনগা চপ মান্নে ।”

মৈত্রম্বুসু উপায় নৈতনা লাউবা য়াওখি, “ ফজে, ফজে।”

খুদোং থীনিঙাই ওইরবা লম্বী মতেক্তু লাম্থোকপা লোইবগা

কোয়াঙম্না হায়, " ঐ হনখ্রগে,চৎলুবগী কান্নররোই, মন্ত্রীদা পীরুনবা য়েন য়াওদ্রে ।"

" অসুক ৱানা অয়ুক অমগী লম্বী লাকখ্রবদা করিগী হনগদৌরিবা?" থোইবানা চৈ ।

" ঐ করি পীরুগনি ?"

" য়েন পীদ্রবদি মন্ত্রী উনবা য়াদব্রা ?"

" য়াই, অদুবু মানা ঐগী ৱা থৌশাবীরবোই ।"

" নয়ূমগী য়েন নৎত্রবদি মঙোন্দা পীবা য়াদব্রনে ?"

" ঐদি কদাইদগী লৌরুগনি মফমদুদা ?"

" নঙনা য়েন পীদবা য়াদে হায়রবদি কৈথেন্দগী অমা লৈবা তারেদনা, অচৌবা ফজবা অমা।"

" ফংগনিকো ওজা ?"

" চামা লৈগে হায়রবসু ফংগনি,শেলগী ৱানি।"

" ঐদি শেলসু য়াওদনা, হৈরুবোব খরসিদি ভারা ওইনবনি।"

" ঐনা লৈগনি ।"

" ওজাগী শেলনা ? ইস ! ইকাইজখ্রেদা, হয়েং হল্লক্লগা হঞ্জিঞ্জবা তারে ।"

কোয়াঙম মন্ত্রী মনাক য়ৌরগনি খন্না মাঙ থারকই। লম্বী ময়া নারক্তগী উরেম্বী অমা শহুম চাউনা ফ্রং পাইথোরকপদা মখোয় অহুম্মক ইখং খংই। মৈত্রম্বু উরেম্বীনা পাইথোরকফম ইরক্তা চঙখি। থোইবা মরম খঙনিংবনা ঙক্তক য়েংলম্মী। অকোকপা লম্বীদা থোরকপগা মৈত্রম্বুনা হায়," ওজা, নাইতোম চাক্তাবা উরেম্বীসি লাবনি,মরূমসু কোনগল্লি।"

" লাবনা করম্না মরূম কোল্লিবা?" থোইবা খঙনিংলম্মী,ৱাহৈ ওন্নরব্রা খল্লি ।

মৈত্রম্বু খঙনা হায়," উরেম্বী অমোমশিংসি বেষ্যা ঙাক্তনি।

" করম্না ?"

" মখোয় মরূম কোকথোক্লগা পাইখিগনি, লাবদা কোনবগী থবক ইনশিল্লি। মচা ওল্লম্লগনি হায়বা মতমদা য়ূম্বান্নরুরবা অতোপ্পা লাবা পুদুনা লাকই। হান্নগী মৱাগা অকোনবগা কাওনহনগনি,লাক্লহনগনি।

মশুংলাংগীদমক মথ্বায় থানবা য়াওবদু নুংঙাইনা য়েংগনি। মায়থীদুনা পায়খ্রবা লাবা মনাক্তা অমুক হল্লক্লুবোই ।"

" ৱারী নুংঙাই ।" থোইবা থৱায় তানা নোকখি । " কোয়াঙমগী ৱারীনা উমংগী সতী, ইপাগীনা বেষ্যা ।"

নীনিশুবা নুমিৎকী নুমিদাংৱাইরমদা মখোয় অহুম তম্পাক তারক্তুনা মৈত্রম্বুগী ঙাইগী যূমদা পল্লুনবা চঙলম্মী । মথং নোংঙানবগী অয়ুক্তা মখোয় ইম্ফাল য়ৌবা গাড়ী তোংখৎলে । মখোয়না পুরকপা পোৎকী মমলনা হঙ্গৎ-হন্দা ভারদি কোন্নরগনি খন্দুনা মৈত্রম্বু অৱাবা থোইনা লৈখিদে ।

ইম্ফাল থুংবগা খ্বাইরম্বন্দ কৈথেন্দগী য়েম্বা চেঙ্গোইবা অমা থোইবানা লৈবে। মখোঙ মশা চেৎনা পুল্লবা য়েম্বা পুদুনা কোযাঙম থোইবাগী মতুংদা নক্লা চৎলি। মন্ত্রীগী বঙ্গলো গেট য়ৌবক্লে। মনুংদা মিতিং তৌরি হাযদুনা কনামত্তস্ চঙহন্দবনা গেট ময়াদা মীনা পৈরম্মী। চেৎনা লোনশিনখ্রবা গেট নক্লুবা মী ফাওবা থোঙাকপা সিফাইশিংনা তাল্লকখি। মৈত্রম্বু অমসুং কোযাঙম মযাম মবক্তা তক্তু-তক্তু লৌপ্লি, অদুবু থোইবা গেটকী অহোবা মখুন্দগী মনুংদা লৈবা সিফাইশিংদা মখোয অহুম্বু শক তাকপা কন্না হোৎনৈ।

" ঐখোয় মন্ত্রীগী খুন্দগীনি, চঙখিবদা মহাক্লা করিসু হাযবোই।"

থোঙাকপা লৈখৎখি, " মপা ওইরো , ময়াম্বা ওইবো কনাসু চঙবা য়াদে হায়বিবসিনি । মন্ত্রীগী খুলগী মী, মচিন-মনাওসি য়ামখ্রেদা ।"

থোইবা মমায় ঙাংনা হন্দোরৰ্কখি। মথ্বায় শোক্লবা মৈত্রম্বুনা হায, " ওজা , ঐখোয় হল্লসিরা ? "

" ঙাইখো, উরুম অসিদা ঙাইহাক পোত্থাদুনা থোঙ হাংলকপা ঙাইখিসি । " থোইবানা ফাথৈ ।

মখোয়না ঙাঙনবা তাবদা মনুংদগী থোঙাকপনা লাউরকই , " মন্ত্রী উনগদবা মীশিং মহাক্কী ওফিসতা ওইনা ঙাইবীরুরে, হৌজিক মহাক ওফিস চৎপা মতম য়ৌরে, কনাগসু উনবা য়াররোই।"

ৱা খর হায়নিংদুনা থোইবানা গেট ময়া নকশিল্লুবগা থোং লাউনা হাংদোরক্লে ; কার অমা থোরকপনি। চে অমা পারগা কার মনুংদা ফল্লিবা

মোশিলনা গেটতা লেপ্পিবা কনাদসু যেংলমদ্রে। মৈত্রম্বুনদি মখোয়দা যেংলক্কবা মখূৎ কন্না হাইখিবতা নত্তনা 'মোশিল' 'মোশিল' হাযনসু কন্না কৌখি। মীকুপ অমগী মনুংদা কার উখিদ্রে।

কোয়াঙমগা মৈত্রম্বুগা খজিক্তং চৎথোক্লগা উকম অমদা হৈনিংদনা লেপখি। থোইবা থোঙাকপগী মনাক্তা চঙদুনা অমুকসু হায়রুই," ঐখোয় মন্ত্রীগী খুন্দগীনি। মহাকপু উননিংবনা যাম্না ৱানা মতম চঙনা লাকপনি। মহাক হল্লকপা মনুংসিদা ঙাইজগে।"

থোঙাকপনা থওইদনা খুম্লকখি," উনবীনিংবা, হায়নবীনিংবা কযাদো ওফিসতা চৎপীবো। ঐখোয়দি চঙহঞ্জবা ঙমজবোই। ঐখোয়গী মন্ত্রীনা শাওবসি য়েন পুরকপা কাঙবুসিনি। যেন্থী-যেন্দু চাইনবা।লূপা অমা পীবা যেন পুরগা রানোম্লবসিনদি ফুবিৎখাউ চোনবা ঙমদ্রে হায়বিবনি ।"

থোঙাকপগী ৱা তাবদা কোয়াঙম মখূৎতগী য়েন থাদোকখ্রসিরা খল্লি, থোইবাদা নীংবা কায়না যেংলম্মী। থোইবা অবোইবা ওইনা অমুক্কসু হাযজৈ, " মন্ত্রী চৎথোকখ্রে হাযবা ঐখোয় খঙজৈ, মখোযগী ইমুংগী মী কনা কনা লৈবগে, অমুক্তা কৌথোকপীয়ু। ঐখোয় ৱা অমত্তং হাযজবমগে।"

কবিসু থৌশাদনা ৱা ঙাঙনফম অহোবা মখুল থিংলগা থোঙাকপা চৎখ্রে । উপায় লৈত্রবদা থোইবানা মাঙ চিংদুনা মখোয অহুম পান্দম যাওদনা চৎলম্মী। খর চৎলগা লম্বী মপানগী চা হোটেল অমদা মখোয চঙলকখি ।

" কোযাঙম নঙগী যেনসি হোটেলসিদা ঙাইহাক থম্লমখিসি।" চা থকপা লোইবগা থোইবানা হায, "ওফিসতা যেন পুদুনা চৎপদি নুংঙাইবোই।

মৈত্রম্বু হৈনিংদে," ওজা, ঐখোয হৌজিক ওফিস চৎপা তাবব্রা? চাক্তি কদাইদা চাগনি ?"

" হোটেল অমদা চাকুরসি ।" ঙন্না চাবগী হৈনবী লৈবা থোইবাসু লাম্লবনি ।

" হোটেলদা চাববদি ঐখোযগী ভারা কোন্নররোই।" মৈত্রম্বু ৱাজৈ।

" শেল ঐনা পীগনি, লাও চৎসি।" থোইবা হৌগৎলি।

মখোঙ-মশা চেৎনা পুল্লগা ফক্লাং নক্লা থল্লিবা য়েন হোটেল মপুদা

শিন্নরল্লগা মখোয় চাক চাফম থিবা লাক্লে। থোইবানা লম্বী চিংলি। কোয়াঙম মহাক্কী নুপীনা মেল্লকখিবা ৱা কাউদে, সড়ক্তা থোইবাগী ফিজি পায়দুনা চৎলি।

হোটেলদা অরাম্বা কোকহল্লবা তুংদা থোইবানা মোশিল মন্ত্রীগী ওফিস লৈফম হং হংদুনা মখোয় নুংশাদা খোঙনা শাংনা লাক্লম্মী। ওফিস চঙলকপা মতমদদি মোশিল মুখ্যমন্ত্রীগীদা মিতিং চৎখিরম্লে। মন্ত্রী লৈরমদ্রবসু অথাপ্পা লোন্নবা খুলগী মী কয়া উনবা ফংবদুমক মখোয়গী অৱাবা কোক্ল বা মরম ওইরে। ময়াম্মা ৱারী শানরকপদগী খঙবদি মন্ত্রী উননবা হোৎনরকপা নুমিৎ মঙানি শুবা মী য়াওরম্লে। মতম চঙনা লাকখ্রবনিনা উনদনা হনবদি তৌররোই হায়নৈ। শাইবোলগী মী মঙাদি হোটেলদা নুমিৎ মরিনি ফাইরকপদা শন্দং অমা য়োল্লম্লগা পুরকপা শেল লোইশিল্লক্লে হায়না তল্লকখি। মদু তাবদা কোয়াঙম নুংশা থীজৈ।

“ ওজা, ঐখোয়সু অসুম ঙাইবা তারিব্রা?”

“ মহাক উনদনা হল্লর্বদি অসুক ৱানা লাকখ্রিবসিগী কান্নবা করিনো?”

মন্ত্রী ওফিসতা অমুক হল্লকখিগদ্রা নৎত্রগা হল্লক্লরোইদ্রা অবেপ্পা খঙনদবনা ঙাইনরম্বা মীশিং ময়েং হন্তরক্লে। থোইবাখোয়সু অমুক বঙ্গলোরোমদা লাইবক য়েংলুনবা ওফিসতগী থোরকখি।

হোটেলদা য়েন থল্লম্বা কোয়াঙম কাউদে। মখোয় অহুম্মা য়ৌরকপদা মন্ত্রীগী গেট চেৎনা লোল্লম্লি। থোইবানা ফনা কন্না কৌদুনসু মনুংদগী কনাসু খুন্নক্তে। মখোয় হন্দোক্লগা উরুমদা ফল্লম্মী। চোকথরবা কোয়াঙম খোংনাং মরাদা মোন খাঙদুনা ঙাইহাক তুমথরুরে। মহাক্কী নাক্তা কুপ্লিবা মখোঙ পুল্লবা য়েম্বানা নুমিৎ তরমদাই পুংজা কায়দনা হৌনা খোংলকপদা মীকপ থোরকলে, মনাদসু য়েন্থী তোৎলম্লে।

মন্ত্রী মোশিলগী বঙ্গলো থোঙ্গান্দা য়াচংবা মতম ফাওবা মী পৈরি। থোইবা গেট ময়া নকশিল্লকখি। তপতক থৌরকপা মন্ত্রীগী কার উবদা মীয়াম হরাওনৈ। অদুবু ড্রাইবরদগী হেনবা মী অমত্তা য়াওদনা কার মনুংদা চঙখ্রে। অমুক হন্না গাড়ী থৌদোকখিবগা থোংঙাকপনা লাউথোরকই, “ ময়াম পূম্নমক, মন্ত্রী ঙাইবীরগনু, হয়েং অয়ূক উনবীরো। মহাক অহিং

অথেংবদা হল্লক্লগনি, অতোপ্পা মন্ত্রী অমনা চাক্কৌরি ।"

মমশিল্লক্লবা মতমদা কোয়াঙম নুংশা থীরপ হায়, " ওজা , নখোয়গী য়ুমদা চৎসি, কয়া লাপ্পগে ?"

" য়াম্না লাপ্পনি ঐখোয়গী য়ুম ।" থোইবা পাউখুমদা হৈনিংদে ।

" নোং তারক্কদৌরি,চৎপদা কয়া কুইনা চঙগনি ?"

" ঐখোয়গী খুল য়ৌবা গাড়ী লৈররোই, অসিদা লেকপা তারবনি ।"

" কনাগীদা ? মন্ত্রীগীদসু চঙহন্দ্রে ।"

" হোটেলদা ।"

" ওজাগা খঙনবা লৈব্রা ?"

" শেলবু পীরবদি খঙনবে ।"

" কদাইদগী শেলনো পীগদৌরিবা ?"

" ঐঙোন্দা য়াওরি । চৎলসি, অফবা মফম ফংহৌনবা ।"

মখোয় অহুম খ্বাইরম্বন্দ বাজার মনুংগী মীথুংফম হোটেল মথং মথং য়েংলকই । মমৈথংদা খর হোংবা মফম অমদা ফমুং অনী থাবা কা অমা ফংলে । মখোয় চাক তোকপগা হিপফমদা কাখৎনৈ । কোয়াঙমগী য়েন হৌজিকসু মখোয়গা থানদনা কাচিন্দা কূল্লি ।

নোংয়াই মতুংদগী কোয়াঙমগী য়েন্না হৌনা হৌনা খোঙলকপদা মখোযগী তূম্বা থুগাইরে, য়াম্না ৱানা নোংঙানবা ঙাইরম্মী । থংনবা কাগী মী খর্বদি শাওনরকই ।

মথং অয়ুক ঙন্তা থোইবাখোয় মন্ত্রীগী গেটতা লেপ্লে । মন্ত্রী য়াহৌদ্রি. পূং নিপাল ফাওবা চঙহনখিরোই হায়বদগী ময়ামসু ঙাইনরি । পূংখাই অমগী তুংদদি মীয়াম হুপচিল্লক্লে।

পূং নিপাল তাবগা থোঙ হাংদুনা মী চঙহল্লে । থোইবা মীয়াম ঙাইফম শঙ নত্তবা মোশিলগী লন্নাই কারোমদা চঙনবা হোৎনরুবদা য়ারক্তে। কোয়াঙমগী য়েন মোশিলগী নুপীদা শিন্ননিংলবসু যাখিদ্রে, চাকখুম পান্নবশিংদা পীরম্লে ।

অমগী মথংদা অমা মন্ত্রী উনবা চঙনৈ । থোইবাখোয় তাঞ্জা ফংলবদা মখোয় অহুম পূন্না মন্ত্রী ফম্বা কাদা চঙলকখি । মোশিলনা মখোয়বু উবদা

হৱাওনা মখূৎ শোক্লবা হৌগৎলকই ।

" ওজাসু য়াওবীরক্লি ।"

" হোয়, ঐ ৱারী অমা শাননিংদুনা লাকপনি ।"

" ফম্বীয়ু ওজা । ইপাগা কোয়াঙমগসু ওজাগা লোয়নরকপ্রা?"

উননবা হোৎনবদা ৱাখিবা ময়ামদুগী ৱারৌবনা কোয়াঙম ৱা ঙাঙনিংদে।

" হোয়,ঐখোয় খুন্দগী লাকপা নুমিৎ মরিনি শুরে।" মৈত্রম্বুসু হৈনিংদ্রি, ৱাকৎ য়াওনা খুম্মি।

" ফরে ইপা," মৈত্রম্বুগী ৱা থৎনিংবগুম মন্ত্রীনা হায়," কোন্না ৱারী তৌসি ময়ামগী লোইথোকখিগে ।"

মন্ত্রীগা নক্লবা মী অহুমদু কাচিন ওইরপ থাবা চৌকিদা ফমদুনা লৈরে। কাঙলুপ কয়াগী মী মথং মথং চঙলক্লি । অমনা হংলৈ," সাহেব , ঐগীদুবু লোইশিনবীরব্রা ?"

মন্ত্রীনা নুপাদুবু শক খঙনবা হোৎনবদা মুন্না য়েংলম্মী ।

" সেক্রেটরীদা শিন্নখ্রবনি, ঐঙোন্দা থাগৎলকপগা লোইশিঞ্জরগে। অদুবু সেক্রেটরী অমদি ডাইরেক্তরগী খর খরদি হাপ্পীবকখিবা তারে, ঐদি লৌজদ্রবনিদা।" মন্ত্রী নোকই ।

" ফনি সাহেব, ঙসি-হয়েংসিগী মনুংদা শোয়দনা য়ৌহঞ্জরক্কে। "

নুপাদু থোকখিবগা নুপী অনী চঙলকই ।

" নমস্তে সার।"

" নমস্তে, করি হায়বীগদবা ?"

" সার, বিঃ দিঃ ওঃ প্রোমোসনগী মতাংদুনি । নুপা ঙাক্তদা পীবীবগা নুপী ঐখোয়বু নমথদুনা থম্বীরকপসি মতম কুইরে। হন্দক্তি ঐখোয়বুসু য়াওহনবীরো ।"

থাপ্ল-থাপ্লবা চীং মান্দা নুপীনা চৎপা নুংঙাইবোই খন্নদুনা তৌখিবা ওইরমগনি । অদুমকপু ঐ অমুক্তং য়েংশিঞ্জগে ।"

" সার, হন্দক্তি করি ওইরো করি ওইরো, ঐখোয়বু য়াওহনবীদবা তৌবীগনু, সারনা তাকপীবা পূম্নমক পাঙথোক্লবা হোৎনজগে ।"

নুপী অনী থোকফাৎত্রিঙৈদা চহী কুনগী নহা অমা থোঙজিন্দগী

কানশিল্লকপগা খোল ব্রাংলপ হৌরে।

"মন্ত্রী সাহেব, ওরদর থোরকপদা ঐগী মিং য়াওদ্রে। ঐ মীঙোন্দগী শেন্দোই হুনবা শেল পূরগা হোৎনজবনি।"

"করি, য়াওরক্রে?"

"য়াওরক্রবনি। খুদোং চারোইদবা লৈরগনা হন্দোকপীরো।"

"করিনো হায়রিবদুবু, অদুক ব্রানা ঙাইরক্লগা? সপ্লিমেন্টরীদা মী খরগা থোরকখিগনি, মদুদা য়াওনবা তৌরসি।"

"শোয়হনবীবদি য়াদ্রবনি, সার।" পাখংদু হরাওতক থোকখি।

অহল অমা লিৎশিল্লকই, মখূৎ লোন্নদুনা মন্ত্রীগী মাংদা চপ লেপ্লে, মঙোন্দা য়েংলকপা ঙাইবনি।

"করি হায়বীগদবা ইপা?" মন্ত্রীনা হংখি।

"ইবুংঙো সাহেব, অমুক্তং খুরুমজগে লাকচবনি।"

"করিনো হায়বীয়ু।"

"ননাই খুড়াগী মেত্রিক পাস তৌরবা ইচা নুপা অমখক লৈজে। ইকুই কুইদনা সাহেবকী বিভাক্তা গ্রাম সেবক খর লৌগদৌরি তাজরে; মদুদা অঙাংদুবুসু খর হাপ্পীয়ু হায়না খুরুমজরি।"

"ইপা, মদু ঐগী খুশি-রাশিনা হেক হাপ্পা য়াবা নত্তে। ইন্টরবিয়ু অমা পাঙথোক্লগা হাপকদবনি, মদুদা য়াওহনবীরো।"

অহল মখা ব্রা হংনিংবনা মচীন কাথোক্তুনা লৈরি, মন্ত্রী তেলিফোন থাঙ্গৎলগা মপাল্লোমদা লাউখি, "মখা থাজিল্লক্লগনু ঐবু মুখ্য মন্ত্রীনা খুদক্তা লাক্লবা কৌরি।" মন্ত্রী থোইবারোমদা ওনশিল্লি, "ওজা, ব্রারবসু ব্রানা ঙাইহাক ফম্বীরমখিসি, ঐ অমুক্তং য়ৌজরুখিগে।"

"ঐখোয় চাক চাদ্রিবনি।" কোয়াঙম পুক্লিং নুংশিবা উৎখি, "কয়া কুইনা ঙাইগদৌরি?"

"কুইরক্লোই, অদুমকপু মতম হায়বা ঙমদে, চাক্তি অসিদা চাবীরো।"

মন্ত্রী ফাইল অমা পায়রগা তহা তহা থোকখিরম্মী। মখোয় অহুম কাচিন্দা ফমদুনা লৈহৌরে। ফক্লাং ঘড়ীনা পূং তরা য়ৈরকপদা চাক ঙন্তা চাবগী হৈনবী লৈবা অহুমদু লাম্বগী চাং খংহেন হেনগৎলকপগুম তৌই।

"ইপা, ঙসিদি মহাক্কা উনদ্রি ফাওবা ঙাইরসি।" থোইবাগী

অরেপ্পনি।

" হোয় ওজা, অদুবু চাক্কী মরোল অমদি খঙদোকপনা ফরোইদ্রা ?"

" অদুদি, কোয়াঙম নঙ চৎলু, চাক থোংবা কাঙবুদা ঐখোয় অহুম অসিদা লৈ হায়বা তাকহৌরু ।"

কোয়াঙম্না চাকশঙলোমদা লাকপদা মী মঙা চাক চারম্মী। মশক খঙদবা লৈশাবী অমা চাকখুমগী থবক পান্নরি। মঙোন্দা কোয়াঙম্না হায়রুই, " ইবেম্মা, ঐখোয় অহুম চাক চাদ্রি,মন্ত্রীনা মহাকপু ঙাইরম্মবা হায়রম্বনি ।"

থৌ চিনবী লৈশাবী ৱাশা-থৌশারক্তে," ঙসাই খর ঙল্লিঙৈদা হায়বীরম্লবসু ফগদবা , হৌজিক্তি চফুদা চাক লৈত্রে । ঐ থোংবা ফংলরোই, থবক অমা চৎকদবা লৈ । ইশানা থোঙলগা চাবীবা অমা নৎত্রগা হোটেলদা চাবীরুবা অমা, খল্লগা তৌবীরো ।"

" মন্ত্রীগী নুপী লৈতব্রা ?"

" মেম সাহেবপুরা ? মহাক্তি অয়ুক ঙন্তাদগী মরুপ অমগীদা কোয়বা চৎখ্রবনি । নুমিদাংৱাই ওইনা হল্লক্লগনি হায়রম্বনি ।"

লৈশাবী অতোপ্পা কা অমদা চঙখ্রে । কোয়াঙম মন্ত্রীগী ইমুংগী মী অতৈ লৈব্রা য়েংবা মনীংলোমদা থোক্লুই । শকখঙদবা মী খর কা-তপথবগী থবক শূফমদা, পোলাং অমগী মনুংদা নোংমা চুপ্পা লোয়নখ্রবা য়েম্বা হৌনা খোংলকখি । কোয়াঙম মায়থোং লাংশিন্না থোইবাগী নাক্তা লাক্লে।

" ওজা, ঐখোয়গী চাক হাপ্লমদ্রে, ঙরাংগুম হোটেলদা তারে ।" কোয়াঙম ইকাইজবনা মমিৎ অনীমক পিরাংনা কোয়রে।

" করিগী ? ও, মন্ত্রীনা ঐখোয় লৈ হায়বা তাক্লল্লরোই । হৌজিক থোংহনসিদনা ।"

" চাকথোংবী লৈশাবী থবক চৎথোক্কদৌরি, ঙল্লরোই হায় ।"

" হোটেলদা চারুবা নৎত্রগা চরা হেনবা তারবা ?"

" হোটেলদা চারুনবা শেলনি লুরিবসি ।"

" ঐঙোন্দদি লূপা অনীদগী হেন্না য়াওদ্রে ।"

" অদুদি ঙসিগীদি ঐখোয় অসুম খাঙলসি, চরা হেল্লগা ।"

কোয়াঙম মকোক খোৎলি । মৈত্রম্নু স্বর শাংনা শাংনা হোল্লন্মী। মখোয় অনীবু করিগীদমক ময়ূমদা চাক চারুখিসি হায়দ্রিবনো খল্লি খঙদুনসু থোইবা তুমিন লৈ ।

নুংথিল অরাম থৌরাংবা খাঙনবদা মখোয় অহুম হুমাং মরীক মরীক কানৈ। নুমিৎ তারকপগা ইরোয়ননা কাঙনা য়োন্নরবদা মখোয় মপান থোরকই। মতম অদুমক্তা মন্ত্রী মহাক্কী নুপীগা লোয়ননা কার অমদা চঙলক্লে । থোইবাখোয়বু উবদা মহাক চঙশিল্লকই।

“ ইহে !ওজাখোয় লৈবীরল্লি। ফরে ঙসিদি ঐগীসিদা পোত্থাবীরো।”

মন্ত্রী মেমসাহেবকা ইমুংদা চঙখ্রে। ঙাইহাক লৈরগা মেমসাহেব থোরক্লুনা মখোয়বুসু  ইমুংদা কৌশিল্লন্মী। চাক ঙাইবা ওইনা ময়াইগী অচৌবা কাদা মন্ত্রীগা মখোয় অহুমগা ফম্মিন্নৈ। লৈবাক্কী ওইবা থৌদোক-ৱাথোক অমদি থবক থৌরম কয়াগী মরমদা ৱারী তৌরম্বদগী মন্ত্রী কেন্দ্রগী পায়খৎকদবা থৌরাঙদা তারকখি। মদু ঙাইরম্বা কোয়াঙম্না ইতিং তিংনা হায়,“ ইশেল, ঐগীদি, নঙোন্দা পীনিঙাই করিসু লৈতে। নচেনা য়েন অমত্তং উল্লকপনি। ঐখোয়গী অৱাবসি য়েংলগা নঙনা ঐবু পিওনগী থবক্তা হাপ্লীদবা য়াদ্রে।”

“ য়েংসি ইবাই, ” মোশিল ফজনা তাবীরবা মাল্লি, “ মদু য়াম্না লুবা ৱাফম নত্তে, অহাংবা তাঞ্জা লাকপগা ইবাইবু কৌরক্কে ।”

কোয়ঙম হরাওনা নোকই, ৱানা ঙাইরকপগী মহৈ য়াল্লে খনখিবনি । মোশিল মৈত্রম্নুদা ওনশিল্লি ।

“ ইপাদি চুম্না কোয়রকপ্রা ?”

“ ইচানুপা ঐ য়াম্না ৱারে । য়ূম শাবগী স্কিমদা ঐগীসু খর য়াওহনবীয়ু হায়জবা লাকপনি ।”

“ অদুগী ওইরে, ইপানা অসুক ৱানা।”মোশিল য়াম্না লেমজনা নোকই,“ কুমসিদি লাইরবা য়ূম শাবা ঙমজদবশিংগীদমক য়েংদুনা অখন্নবা থৌরাঙ অমা পায়খৎনবা ডিঃসিঃগা নহালমক তান্নখ্রবনি। হাওজিং স্কিমগী মথক্তা তেরেস শেম্বা,লম্বী শেম্বা অমদি উ থাবদা শেল য়াম্না থাদরগনি। ইপাগী য়ূম শোয়দনা শাগনি।”

মৈত্রম্মু হরাওজবনা মশাপূম্বা নিকচৈ। থোইবা তুমিন লৈরি। মহাক্কী পুক্লিংগী ব্রা খণ্ডবনা মোশিলনা হৌই।

" ওজা, মীয়ামগী হীহুৎ ওইদুনা সরকারগী থবক পুরিবা ওফিসার, মেম্বর, মন্ত্রীশিংনা পুকচেল তিংনা, লিংজেল মান্ননা অমদি ওইজবা থিদনা কৎথোকপগী থৌনা লৈনরবদি লৈবাকসি করিগী চাউখৎলোইদগে। অদুবু মী খরনা হৌ-হৌ চোংবনদি য়াররোই, শেল থুমগী মান্নবা সমাজ অমা পুরক্লবা হোৎনবদা মতম কয়া য়াম্মা চঙখিগদৌরি হায়বা ঙম্লরোই; ওইথোক্কদবা মানশিল্লক্রে।"

মতাং য়ৌরক্লে খন্না থোইবা তপ্পা হায়রকই, " সহর অমদি খুঙ্গংগী লাইরবশিংগী ফিভম ফগৎনবা মেম্বরশিংনা থম্মোয় শেংনা হোৎনদ্রিমখে ঐখোয়গী লৈবাক ঈংনা পানবা ঙম্লোই। খোইরাং-খোইশাওনবা, ঈংথবা লৈতবা লমদম শোয়দনা ওইবকখিগনি। মরমদি ব্রানা পুন্সি লেনবা মীশিংগী মঙলানসি নুংঙাইবা শরুক থুংবনি, ফংফমসু থোকই। তপস্য তৌরিবা মুনি ঋষি ঙাক্তগী লৈবাক লৈতে। খুদোংচাপ্রবশিংনা নমথবীরবা অমদি থৌশাবীদ্রবা কাঙলুপ মথি ফোংলক্কনি। মতমদুদা থোবকপা ফজদবা থৌদোক পূম্নমক রাজনীতি তৌবশিংদা তাইনফম ওইরোইদ্রা ? মখোয়গী খূৎশেম্মি ঙাঙনরকপা শোয়দ্রবনি। ব্রাফমসিগী মতাংদা,ঐখোয় অনী মমাঙদসু মালেমদা পেন্নদবদগী থোরক্লিবা ঈহৌ কয়াগী মরমদা কয়ারক হন্না ঙাঙনখ্রে। ঐনা নহাকপু লাইরবগী মীচংদা লেপ্পা মীশক অমা ওইহন্নিংলি। মখোয়গী খোল্লাউ পুদুনা চৎলিবনি হায়বদু কাউহন্নিংদ্রি। নঙনা ভোতকীদমক থৌরাঙ তৌরকপা মতমদা খনখিবা ফিরেপ অদু থাদোক্তনা লৈবাক্কী সেবা তৌ। লনাইগী কান্নবা য়েংবা হায়বা ব্রাফমসিদগী থৈদোক্তুনা মীয়ামগী য়াইফ-থৌরাঙ কয়া পাঙথোক্লবা হোৎনবদা অব্রাবা খাঙগদবনি, মদুদগী নীংহন্নফম থোক্তে। প্রজাগী শেল চুপ্পা,তৌনিংবতা তৌবা,লন্নাই সম্পতি লেপশিন্নবা হোৎনবা কাঙবুগী খোঙলোয় ওইহন্নিংদে। চরা অনী শুনা চাবা ফংজদবা, ফিথুংদ্রিবা, অব্রাবনা মশরুক ওইরিবা মীয়াম্মা কোনুংদা নহাকপু নিংথৌগুম নুংঙাইনা লৈরুরো হায়না থারকপা নত্তে। মীয়ামগী অব্রা অনা,অব্রাৎ-অপা ময়েক শেংনা খঙলবা মীহুৎশিংনা শেম্বা সরকারনা অফবা থবক তৌবা ঙমদ্রবদি নিংথৌ অমা

হাপ্লগা লৈবাক ঙাকহনবনা হেন্না ফরোইদ্রা ? মদুনা ফম্নাইবা ময়ামগীদমক চৎলিবা চাদিং হন্থহনবা ঙমফম থোকই। হিংনবা হোৎনবদা সহরগী ফজবা উদ্রিবা , নুংঙাইবা করিনো খঙজদ্রবা মীয়াম অমা লৈহৌরি হায়বা নহাক কাউফম থোক্তে । মদুখক্তং নিংশিংহন্নবা ঐ নহাকপু উনবা লাকপনি।”

“ ওজানা হায়বীখিবা পূম্নমক ঐ কাউজদে মেমসাহেবনা হায়, “ ওজা, চাক চাথোকপীনবা তৌরসি । ”

য়াম্না ৱানা অরাম্বা খাঙলম্লবা কোয়াঙম ফুক হৌগৎলি । মোশিলনা চাকশঙলোমদা মাঙ থানা চঙলম্মী, অদুবু মহাক্তি চাবা মতম য়ৌদ্রি হায়দুনা মেম সাহেবকা মপান থোকখ্রে।

থোইবাখোয়না চাবা তোক্কনা ময়াইগী কাদা চঙলকপদা মোশিল লৈরমদ্রে। মেম সাহেবনা মখোয় অহুমগী তৃম্ফম কা তাক্লবা ঙাইরম্লি। থোইবানা মোশিলগা অহিংচুপ্পা ৱারী শাননিংবনি, অদুবু মহাক ইঞ্জিনিয়র, ঠিকাদার দাইরেক্তর অমদি সেক্রেটরীগা অরুবা ৱাফম খন্নরি হায়বদগী তৃম্ফম কারোমদা চঙলক্লে।

থোইবানা মীকপ থোরকপদা লোন্নবা কাদা মী লাঙবদু তোক্লমদ্রি। মখোয় মঙাদু মী চামা ফম্বদগী হেন্না নিল্লি, মরোল ফাইবসু য়াওরে। মোশিলগীদি লৌফম্বু খঙদ্রে। ঙাঙবা মুন্নবদা মশাগী ৱাফম খঙজরমগদবা মান্দে।

মন্ত্রী — ইঞ্জিনিয়র সাহেব, ঐগী ঠিকাদারসি মুন্না খঙনবীয়ু । মঙোন্দগী পার্সেন্টেজ লৌবীবদু ঐগী ফুরিৎখাউদগীনি।

ইঞ্জিনিয়র— সার, খঙ জিঞ্জরে, ঐগী প্রোমোসনদি শোয়হনবীগনু। লম্বী শেম্বা শেমদবা, থোঙ-শাবা শাদবা বিল লৌথোকখিবগী ৱারী লৈবনি।

মন্ত্রী — য়ারে সাহেব ,কারে খনবীরো ।

ইঞ্জিনিয়র — ঐখোয়দি সারখোয়গী মরুম থুপচবনি। মন্ত্রী অহুম্না নাহল থবক তৌদ্রবা মখোয়গী ঠিকাগী বিল পাস তৌ, চেক ইরকউ হায়রকপদা ঐ ইন্দবা ঙমজখিদে।

ডাইরেক্তর — হন্দক্তি সাহেব এদহোকসি খর হাপচগে।

মন্ত্রী — করিনো, ডাইরেক্তর সাহেবনা এদহোক্তা হাপ্পা পাম্বী,

সেক্রেটরীনা ডিঃ পিঃ সিঃদা।

ডাইরেক্তর — ৱাফমদু শন্দোক্লা হায়জগে । মেম্বর মন্ত্রীশিংগীদমক্তি এদহোক্তা থবক হাপ্পা হায়বসি ওন্থোক্লা কান্নখ্রবা তৌদবা য়াদবা থবক্লি। মন্ত্রী সাহেবকী মীশিংদু ডিঃওঃ লেতরদা থাবীরক্কনি, ঐনা পংহাপ্তা হাপচিনগনি । এদহোক্তা চঙখ্রবশিংদু থা অহুম মরি লৈরগা সেক্রেটরীনা অমুক রিগুলার তাথোকপীগনি। মসি নত্তনা ডিঃ পিঃ সিঃনা হাপ্লবা হোৎনরবদি শাহেন-পুহেন্নদুনা সারগী শরুক পিক্লা থুংহৌরগনি ।

মন্ত্রী — চুম্মি, ঐখোয় ডাইরেক্তর সাহেব লৌশিং চাউবনি । মৌবী মরক্তগী লাকপা ঐখোয়দা অদুম্না খর খর তাকপীগদবনি ।

মোশিল নোকপদা ময়ামদু ৱা ৱা তুংইল্লকখি ।

ডাইরেক্তর — অতৈ মন্ত্রীশিংনা তৌনরিবসি খর য়েংবীয়ু, লৌবা হৈবদু সাসন হৈবা শক্লবা মতম্নি ।

মন্ত্রী — মতাংসিদদি নখোয়সু অহাংবা পোষ্ট মশীং হেকলোৎপনি।

ডাইরেক্তর —লোৎচরোই সার,ঐ অতৈ ডাইরেক্তরগুম্বা নৎচদে। অহাংবসি শেংনা হায়দোকচগে, কুন্থানিথোই শুরি।

ইঞ্জিনিয়র — মী অমমমদগী চামঙা চামঙাদি শোইদ্রে,অসিননি ডাইরেক্তর তান্নরিবসি ।

ডাইরেক্তর — ইঞ্জিনিয়র সাহেব,খঙজরে। সাহেবখোয়না খোম্বীরিবা ময়ামদু য়েংলুরগা ঐখোয়গীসি হৈগ্রে মনাদা য়োম্বনি ।

মন্ত্রী — ঐখোয় সেক্রেটরী সাহেব তুমিন লৈবীখ্রবদি কৈদৌবীরবগে?

সেক্রেটরী — সার,হন্দক এডহোক্তা গ্রাম সেবক হাপ্পগী থবকসি ঐগীসু শরুক খর থুংহনবীয়ু ।

মন্ত্রী — ডাইরেক্তর সাহেবকা তঙ্খাই তঙ্খাই য়েন্নবীরো। তৌবতবু সাহেবখোয়না লৌবীবা মতমদা ঐগী শরুকসু য়াওবীবা তারে, ঐনা ডিঃ ওঃদা লৌবদি খর লুনা থোক্লে ।

ইঞ্জিনিয়র — চীংদগী কারকপা মেম্বরশিংগী মরক্তগী ঐখোয় সারনা খ্বাইদগী তিন্নবা নুংঙাই হায়না ওফিসর পুম্নমক্লা শোন্নে, অশেংবসু ওইরিবা ঠিকাদার — তমেংলোংদগী অমগা চুরচান্দবুরদগী অমগদি

তম্পাক্কী মেম্বরশিংগী মতৌ তমদুনা সরকারগী শেঙ্গাওদগীসু প্রজাদগীসু ফক ফক্কুনা লৌবনি হায়নৈ। মন্ত্রী ওইবা চহী অমগী মনুংদা কলিকাতাদা, বোম্বেদা ময়ূম লৈনখ্রে ।

ইঞ্জিনিয়র — অদুগী ৱাদি ঐখোয় মন্ত্রী সাহেবকী দিল্লীগী য়ূমসু ফজৈদা।

ডাইরেক্তর — তুমিন লৈনসি কৈদৌগে, য়েংশিনবসি হন্দক মরক্তি কনখৎলক্নি।

ঠিকাদার — কনানো সাহেবখোয়দা য়েংশিনগদবা ?

ইঞ্জিনিয়র — হোয়নে, করি তৌই হায়বগে মন্ত্রীনা অদুগুম্বা য়ূম, দুকান, সিনেমাহোল লৈববু; অদুগীদমক নৎত্রনে মন্ত্রী ওইবা তান্নরিবসিবু ?

নোংয়াই মতুং পূং অমরোম তারকপদা ময়ামদু চৎনখ্রে । মোশিল ইশৈ ঙংল ঙংলদুনা মহাক্কী কাদা চঙখিবা থোইবানা তায়।

মথং অয়ুক্কী পূং নিপাল ফাওবা থোইবাখোয় মন্ত্রী হৌগৎলকপা ঙাইরম্মী,চৎলগে তাক্লম্মবনি । মন্ত্রীনা গেট ৱাংমা লান্না থিন্দোরকপদা থোইবাগী ইজ্জৎ থোংঙাকপা সিফাইশিংগী মাঙদা খর মখৈ ৱাংখৎহল্লবসু নুংগী তোঞ্জবদি লোয়নরি। অদুবু, কোয়াঙম অমসুং মৈত্রম্বুগী মায়থোং ইবং লংঙি।

গাড়ী তোংফম য়ৌরকপদা কোয়াঙম ৱাফম অমা নিংশিংলকপগুম চপ লেপ্লম্মী ।

“ ওজা,ঐখোয়বু নঙগী য়ূমদা পুবীররোইদ্রা ?”

“ কোয়াঙম, ঐগী য়ূমসু লৈতনা, ” থোইবা অৱাবগী মীনোক্কা লোয়ননা খুল্লকখিবনি, “ ঐসু য়ূম থিবা চৎলিবনি।”

ময়ূম থুনা চৎনিংলবা মৈত্রম্বু থোইবাগী ফাগিদা পাংশিল্লি,“ চুমদ্রিং চৎখ্রসি হন্দক্তি, হয়েং কোন্না অমুক লাকপদা ওজাখোয় য়ূমদা চঙবা হায়বদুনি ।”

নুমিৎ নীনিগী তুংদা থোইবাখোয় কাঙবু খুল য়ৌরে । কোয়াঙম্না তম্বা মন্ত্রীগী ৱা তারগা লৈদার হরাওবনা মপি শিন্থে। মৈত্রম্বুগী মচাশিংনসু মোশিলবু লাইগুম শোল্লম্মী ।

কনানা ঙাইরি , কনানা য়ৌরক্লগনি খন্না থৈদুনা চেন্নিংলি, অদুবু মতম মাদি লেপ্তুনা অসুম চঙশিল্লকপনা চহী অমা হৌখ্রে। হৌজিক পিক্লিবা অঙাংদগী হৌরগা মন্ত্রী মোশিলগী মমিং তাদবা মী লৈবাকসিদা লৈরম্লরোই হায়বা য়াই। মহাক্না ব্রাশকখিবা থবক অমত্তা পাঙথোরকখিবা লৈতবনা মঙোন্দা থম্লম্বা থাজবা মাঙখিবতা নত্তনা মহাক্কী মমিং তুক্কচনা শোন্নবনা খর হেল্লমগনি। কোয়াঙম্নদি কাউদ্রবসু লৈদারনদি পিওনগী ব্রাফম অমুক পনখিদ্রে। মৈত্রম্মু হাওজিং স্কিমগী য়ুম উদনা পুন্সি লোইখি। নুপা-নুপী হৌদুনা খুলগী মীয়াম্না ব্রানা শেমখিবা লম্বীগী বিল ইঞ্জিনিয়র অমদি ঠিকাদার লৌতুনদুনা মাঙহনখ্রে তাবদা খুঞ্জা পূম্নমক মৈ হৌনরকখি। তেরেস শেম্লুবশিং শেল পীবীদবনা মথং চহীদা চরা হেনগদৌরি। মোশিলগী লৈফম কোনুংদা চয়েৎনবা থবকশিং অসিগী পাউ হংবা চৎপা খুঞ্জা খরদি লৌ য়ালহৌদ্রে, নোংমৈ করি চাগদৌরি ঙাঙনরকখি।

থোইবা নোংমতং মোশিলগী মনাক্তা চৎলগা অরোইবা ওইনা ব্রাফম খর ঙাঙনরুখিগে খল্লবসু মখোয়গী খুঙ্গং লাম্পীবুদি থাদোক্লগে লেপখ্রবনি। মহাক কনাদসু ব্রারৌরুবা লৈতে, শুপ্নতগী নুংশিবনা চিংলকপনি।

# ৩১

নিংথেম ভোটতা মায়থীহৌরে। শেলনা মীচং খোম্বগী চৎনবীসি কবম্বা যুগতগী হৌরকখ্রিবনো ; অদুগা মসিগী কান্নবা মতম পূন্নমক্তা ফঙগনি হায়বা লৈব্রা ; থাদখিবা শেলয়ামগা ফংলকখিবা ভোট মশীংগা য়েংনরুবদা মহাক ৱাম্থগে তৌখি। লন-থুম, মাল-চাং কোক কোক্লে ; হৌজিক মহাক্কী লৈহৌবিবা হায়ববু য়ূম ইঙ্খোল মঙায়রে। মরেপ থূম্না পূশিল-লংশিল্লুবা শেলগী মৈশা লাংলিঙৈ চৈরকসিদা মতম শাংনা তূমদুনা লৈরুববা নুরজীৎকী কেশ মীকপ থোরকখ্রে, মসিদসু মহাক চাউনা মায়থীববনি। মকুবোক্তা লূপা লীশীং অহুম চানিপাল শেন্দোইগা কোন্ননা শিংনবা কোর্তকী হুকুম্না নল্লববনি। শেলফম অসি থা অহুমগী মনুংদা শিংদোক্রুবদি মাগী লৈজবা সম্পাতি সরকাবনা নিলাম লাউখিবগা লোযননা মহাক জেলদগী নাম্থোকপা য়াররোই। অরুবা ৱাফম ময়ামসি তমুবী নত্তনা মহাক্কী তানফম কনাসু লৈত্রে। তমুবী মকোক চাউখৎলি,মমা-মপাদা মশক উৎলুনবা থৌনা মাঙখিবা কুইরে। তোয়না হুমাং শ্বাই শ্বাই পাখৎলবা থোইবা মখল-মখা উপাই থিবা লেপ্তে, ঙসিসু ৱাফম অমা হৌদোরকখি।

" তমুবী, নঙ হেমাগীদা অমুক্তং চৎলুবনা ফরোইদ্রা ? " নিংথেম য়াম্না তুকথখ্রে।

" করি হায়রুসিগে ?"

" ইকুবোকখোয়বু থেমজিনহনসি, মখোয়না নত্তনা অতৈনদি ঙম্লরোই।"

" হায়জরুবদা তাবীরক্কনি থাজদে ।"

" অদুম্না কাইথোক্লবগী মতম নৎত্রে।"

" য়ারক্লোই, মখোয়নদুম হেন্না শাওরিবনি।"

" শেল শিংবা ঙম্লরোইদবনিনা ইকুবোকপু ফাথবা নত্তনা ইকাইবা কন্নবা অতৈ লম্বী লৈত্রবনি, তমুবী।"

" ঐখোয়বু অৱাফমদা তাহন্নিংদ্রবদি লৌবীরুবা শেলফমদু বাজীনা ফংলে হায়না খুম্বীখিবদা কেশ লোইরবনি,মদু হায়দ্রিবসি বাজী অশাওবা হন্দ্রি তাক্লে। হৌজিক বাজী থাঙজং-তাজংদবা মতম্লি; ইরাই লাইনা তেরোই ।"

" অদুদি ঐ জেলদা খোঙ থাংজিনবা হৌরেদো।"

তমুবীগী মখা ৱা লোয়খ্রবগুম্মি,শদৌ থোংনা স্বর হোন্দুনা করিসু উদ্রবগুম য়েংঙি ।

" তৌনরিবা থবকসি বাজীগনিকো।"

" অসিদগী হেন্না চাউবা খোঙ্গোইনবা অমা লৈখিগদ্রা? মন্ত্রী ওইরম্বা নুপা অমা শেল শিংবা ঙমদবদগী জেল চঙবা ! " নিংথেম য়াম্না পিকশিনখ্রে ।

" ঐ হয়েং চৎকে, ইচে হেমাদা কপ্তুনা হায়জরুগে ।" তমুবী মপি থিংবা ঙম্লক্লে।

তমুবীগী অৱাবা হন্তবা নাইদ্রবা সমুদ্রগী অকনবা জোৱার ওইখ্রে। মহাক মৈথক্তা তূম্লে ; নিংথেমনা তোয়না মপান থোকপা তায় । যূম্বান্নবা নুপাবু মতাং অমদা মরম চাদনা কিখিবগী পঙজবদু খল্লুরগা মহাক নিংঙম্লক্লে । নুপানা তৌগে হায়বতা তৌহন্দুনা মনীং তমহল্লিবী নুপীবু অফবী,লৌশিংলৈবী কৌগদ্রা,মদুগী অনুতাপ হৌজিক্তি ময়েক শেংলক্লে। ময়ূম পাল্লকঙৈদগী ঙসি ফাওবদা ফংজখিবা নুংঙাইবগী পূংশীং মখূৎ থেক্লুনা পাবদা য়ামখিদে। মসিবু কনাদা তাইনরুনি? মমৈথংদা মমা-মপাদা ওনশিল্লি । নিংথেম্বু অফবা নুপানি হায়না করিসু খঙজদ্রিবী মহাকপু থাজখিবা নৎত্রা ? হৌজিক্লা অরানবা পূম্নমক মঙোন্দা ইনশিল্লক্লিবসি করিগীনো ? মহাক মমা-মপাবুসু ৱারৌদবা ঙম্লক্লে।

মথং অয়ূক ঙন্তা তমুবী ইম্ফালদা হেমা উনবা লাক্লম্মী। মহাক্কী

অৱাবা মায়থোং হেমানা খুদক্তা ফাখি।

" তমুবী, অসুক ঙন্না? করি পাউ লৈরবগে ?"

" ইচেদা করিগুম্বা অমত্তং হায়জগে লাকচরি।" তমুবীগী মিৎ পিনা লৃমথরক্তুনা লৈমায়দগী হাইগৎপা ঙমদে।

" করি তানসিগে ?"

" ইচে, ঐ পোত্থাফম খঙদনা ৱারে।"

" মরমদু হায়য়ু।"

" লৈবাক্কী মন্ত্রী ওইরম্বা মীশক্লা জেল চঙগদৌরি।"

" নিংথেম্মা ? করিগী ?"

" সরকারনা বজীদা পীবা ক্ষেতিপুরনগী শেল মহাক্লা পায়শিনখ্রগা পীথোকখিদ্রে। বাজী শাওদুনা কোর্ত্তা কেশ অমা তৌখিবা ওইরমাল্লে। হৌজিক হুকুম লাকখ্রে, শেল শিংদোক্ত্রবদি মহাক জেল চঙবা তারবনি।"

" মন্ত্রী ওইবা ঙম্বা মীনা মদু থোরক্কনি হায়বা খঙদফম থোক্তে।"

" খঙলবসু শিংদোকহৌদ্রবনিনা অরুবা ফিভম মায়োক্লরে।"

" মশাগীতা য়েংবশিংনা অসিগুম্বা লাংদা থুবদা কনানসু ৱারুফম লৈতবনি।"

" ইকাইবনা লৈক্রক্তা চঙনিংলে। মসি পূম্নমকসি ভোটতা কা হেন্না লূপ্লুবননি।"

" ভোটতা লূপ্পা হায়বসি শক্তি খৌরাংবা হায়বনি। নুংঙাইবা, নাপল, নমথাক অমদি ইজ্জৎকী দোলাই তোংনিংবগী অপাম্বনা চিংবনি; মসিগা নক্লরুবা মীশিংদি মচীন্দা অফবা পাউজেল লাউরগা নাকন্দা থাঙ য়েপ্পুনা চৎলি; মখোয়না অতোপ্পগী অৱাবদা নাচুংবীদে। মরম অদুনা মখোয়গী অৱাবদা কনানসু থৌওইফম থোক্তে।"

" ইচেগী ৱাফম পূম্নমক ঐ য়াজে, অচুম্বা ঙাক্তনি। অদুবু ইচে, ইপুরোইবগী অৱাবদি ঐসু পুবা য়াওরিদো। মসি য়েংবীরগা নুংশিবীয়ু। "

" মীনুংসি খঙদবশিংগীদমক করি ৱারুনিঙাই লৈ হায়দুনসু ষনশি মনাক্তা লেপ্লবী নঙগী পোৎলুম্মুদি থানিংলি। হায়য়ু করি তৌসিগে।"

" বাজীগী শেল শিংনবা ঐখোয়দা উপায় লৈতে, ভোটতা খূৎচাউ থাখ্রে। ইচেনা বাজীগী অশাওবা অমুক্তং ফাথবীয়ু।"

" করম্না ?" হেমাগী মায়থোং লাংশিল্লি, খঙহৌদনা মঙক হাইখি, " মদুমদি ঐ ঙম্লরোই। বাজী শাওবা হৈতে হায়দুনা ঐখোয়দি চাকচরল্লিবনি।"

" অদুদি মহাক্না জেল চঙখিবদু ঐখোয় পুম্নমক য়েংবা তারব্রা ?"

" তমুবী, নঙ শাওগনু, নঙ মমাঙগী ব্রা খক নিংশিংবা হৈতবগুম উই। চাউরবা মরাল ময়ামদুগী দণ্ডি মচা অমখক্তং ফংবদা অদুক য়াম্না লাংতক্নরিবা করিগীনো ? আইন্না ব্রারকপদুদি নঙসু ঐসু য়াফম থোকই, হৌজিক্তি বাজীগীসু মথৌ য়াওদ্রে খল্লি।"

তমুবী ব্রা মখা তাবা ঙমদনা মমায় ঙাংনা তুমিন লৈখ্রে। হেমা খাম্বা ঙমহৌদ্রবগুম শমথৈ, " নিংথেম্বু কন্নবা হোৎনরকপসি উরগা ঐ নঙবু শাওসিরা, ঙকসিরা, মপুরোইবা নীংবী নুপী অমা ওইনা থাগৎসিরা, ঐখোয় অনীগী ব্রাখল তোর্বান ব্রাংম-ব্রাংমদা লৈরে, তমুবী।"

হেমাগী ব্রাঙাঙদা নিংথেম্বু তুক্কচবগী ইহুল অসুম অসুম হেনগৎলকপদা তমুবী ফমদুনা লৈবা ঙম্লক্রে। চৎলগে হায়রমগদবা ফাওবা মহাক ইকাইখ্রবনি।

তমুবীনা য়ুম য়ৌবকপদা শুমাঙ-মাঙ্গোন্দা মী য়াম্না লৈরম্মী। ইশা-শাগৎনবা মরক্তুদা অহল ওইরবা মনেম-মকু মীপাই-থাবাইবগুম লৈতারমদে। মহাক্না ইমুংদা চঙলকপদা মকোক্তা বেন্দেজ চাউনা য়েৎলবা নিংথেম হিপফমদা নাহেরি। নুংশা থীরবী তমুবী চেনশিন্দুনা মপুরোইবগী নাক্তা ফম্লুই, অদুবু মানা হংবা ব্রা অমত্তা নিংথেম্না খুম্লক্তে। মরম খঙনিংবদগী মনীংথোঙদা ফল্লিবী মনেম্বোক্কী নাক্তা মহাক লাকখি।

" ইবেম্মা, নঙনা ইম্ফাল চৎখ্রিঙৈদা পাখং অহুম লাক্তুনা শেল থৌরৈ। থবক হাপকনি হায়দুনা লৌশিল্লুবা শেল ওইরমাল্লে। পীনবা উপায় লৈত্রে হায়রুবদগী মখোয় অহুম্না ফুরম্বনি। লৈকাইগী মী চেনশিল্লক্লমদ্রবদি হাৎলম্বসু খঙদে। ময়াম্না ডাক্তর থানাদা পুখৎতুনা লায়কন্নরুরগা পুথবীরকপনি।" মনেম্বোক তেংথাবগুম ঙাঙলকই।

তমুবী নিংথেমগী নাক্তা তুমিন অমুক ফম্লে। নিংথেম্নদি মঙোন্দা ইম্ফাল চৎলুবগী পাউ হংলক্তে; মায় পাক্লকপগী ব্রাফম লৈরবদি কনানা মচীন ফাজিন্দুনা থম্ফম থোকই। নিংথেম চৈনা খাঙবদা ফক্লাংলোমদা

মমায় ওনশিন্দুনা লৈখ্রে ।

" ইচে হেমানা য়ারক্তে। " তমুবী ৱারৌনা হৌই, " ঐখোয়গী অৱাবা উবীদ্রে ।"

" তোক্লসি, হায়জবা তোক্লসি । ঐখোয়না কনাবুসু ৱারৌফম লৈতে, অদুগা ঐ হঞ্জিন হঞ্জিন শিবা পামদ্রে।"

নিংথেম খক লৈথোরক্তুবদা তমুবী হৌগৎতুনা মপান থোরকই, কনাসু লৈরমদ্রে, ইহাঙ হাঙলম্মী। মহাক্কী থম্মোয়নুংসু ইচীক চীকখি। মহাক্কীনি হায়বা কনাসু উরক্তুবগুম সংসার অসি ইমম মমলে । মহাক নুংগী ওলাংবনা অরাম্বা তান্থোকখ্রবদা চরা কয়া চারক্তুবনো হায়বা নিংশিংখিদ্রে।

অহিং ওইরকপদা তমুবীগী কোক্তা ৱাখলগী লানবূং ওইররে। তূম্বা য়াদবনা তোয়না য়াওল্লম্বদগী মহাক উচিন নাচিন অনীশুবা য়েনখোংগী মতমদা তাইবং ঙাইহাক কাউরুই । মহাক্লা মীকপ থোরকপদা নোংঙাল্লম্লে। মখা মায়কৈদা মীয়াম লাউনরম্মী, অকি-অখংগী খোঞ্জেন্নি। মহাক অফিং-অফাইগা লোয়ননা মপান্দা চেন্থোরকখি। মরম খঙনিংদুনা লাউনরিবা মফম তানা চৎতুনা মীয়াম মরক্তা মহাকসু লেপ্লম্মী, ময়াম্না হৈনৌ পাম্বী মথক্তা য়েংনবদু য়াওরুই । তমুবী ইঙা নোংখেকপগুম হৌনা অমুক্তং লাউরম্লগা লৈমায়দা হাইথখ্রে। মহাক্কী মথকমক্তা মখোং মখূৎ ইতিং তিংলবা নিংথেম হৈনৌ মশা অমদা পুনবা থৌরীনা মঙক্তা লাকশিল্লগা য়াল্লি । থৱাই য়াওদ্রবা হকচাংদু তপ্না তপ্না লৈদুনা লৈ।

মন্ত্রী ওইরম্বা নিংথেম্না থৌরী য়ান্দুনা শিথিবগী পাউ লৈবাক পূম্বা শেগাক কায়না শন্দোকখি। মী খরগীদি মহাক লৈখিদবদা অৱাবা খম থেংখি, মখোয়না পীশিল্লুবা শেল মাঙজরে হায়বদনি। হেমা, ডাক্তর অমদি লেম্বীনা নিংথেমগী মীশি মতিক চাই লৌই । মদুমক নৎলমদ্রবদি মখোয়না তমুবীবু নুংশিবগী চাং য়াম্না হন্থরম্বা য়াই।

লুখ্রা ওইরবী মচাগীদমক শাজৌ অমসুং থাবল্লে পোৎলূম অমা অমুক পুবা হৌরে। লেম্বী মচে তমুবীগী য়ূমদা অৱাৎ অপা য়েংশিনবা তোয়না চৎলি। ময়ূম পুবা ঙম্নবা মীকুপ অমা পোত্থাবা ফংদনা নোল্লিবী মচেগী মতৌদা মহাক্কী মীনুংশি চাউনা লৈ । মচেবু মখোয়গী য়ূমদা লৈরুরসি

কন্না হায়নিংবনি,অদুবু অহল ওইরবা মনেম-মকুবু তমুবীনা থাদোকফম থোক্তে খল্লুরগা মহাক তুমিন লৈবদা মতাখি। মহাক্কী তৌবীমল মচেনসু চাউনা মশীং থাই, লমন ওইনা মপুন্সিদা নুংঙাইনা হিংনবা ঈশ্বরদা হায়জৈ। পরীং অদুদা নোংমদি,মচেনা ৱাফম অমা হৌদোরকখি।

" ইবেম্মা লেশ্বী,নঙ যূম পান্নবা তৌরসি।"

ইখং খংখিবী লেশ্বী পাউখুমদি পনখিদে, " ইচে, মতম খর যূমদা লৈজখিগে।"

মনাওগী হৈনিংদবা মতৌদা তমুবী মখা অমুক তাখিদ্রে। মচেগী ৱাফমদা মমা-মপাগী ঈথিল য়াওরি খনবনা তরাইনা হায়খিবা নত্তে।

নোংমা হেমানা ইথা থাজদনা লেশ্বীদা মৌপ্পা অচৌগী ৱা খর ফোংদোক্লম্মী। নুমিৎ অদুদগী লেশ্বী হেমাবু কোইতক চারি। ঙসিসু নন্দগা লোয়ননা হেমা লাকপা উবদা মহাক লৈথোকখিনবা উপায় য়েংলুই, অদুবু কৌশিল্লকপনা হানখ্রে।

" ইবেম্মা, নঙ চঙলকখো।"

" লাও লাও।" মমানসু হায়," মচেখোয়না ৱাফম খর তাননিংঙি।"

লেশ্বী চঙলক্লুনা থাবল্লেগী মনাক নক্লা ফম্লগা ৱা ঙাইদুনা য়েংঙি। হেমা তপ্পা হৌদোক্লম্মী,"লেশ্বী ইবেম্মা,ইচেগী ৱাফমসি নৌহৌদ্রবনিকো। নঙ লুহোংবগী ৱাফমসি করি খল্লি?"

লেশ্বী ইকাইজবনা লুকথখি, করিমত্তা খুমদে, কনাদসু য়েংদে।

" হায়য়ু নঙগী পুক্লিংগী ৱা। ঐখোযনা নঙবু নম হাদুনা কনাদসু থাজ-য়োঞ্জবদি তৌরোই।"হেমানা তকশিল্লি।

হন্দকসু লেশ্বী খুমদে, ৱাখল লৈত্রিবা অঙাংগুম মমাদা মুন্না য়েংদুনা লৈ। মদুগী তাঞ্জা লৌদুনা মমানা হায়, " ইবেম্মা,নচেগী মায় ঙাকসি। ইচাবু অতোপ্পা ইমুংদা শিন্নখিবসু পামদে। নুপা মচাদু নচেগী পুকচেলমক্লি। মহৈ মশিংদা অখনবনি, এমঃ এঃনি ; মীকোক থোংনা চৎলিবনি।"

শাজৌসু নাকন্দগী পাংশিল্লকখি, " নচে নতৈ লৈরমদ্রবদি ঐখোয় করি থোক্লমগনি, নিংশিংলুবদা অমম্বনি। নচেনা নঙগী ফত্তনবা খক খল্লরোইদবনি।"

শাজৌগী খোলনা লেম্বীদা পোৎলূম থোনখ্রে খঙবদগী নন্দনা য়াংহন্নবা হোৎনৈ, " লেম্বী, নঙগী অনিংবা ঐখোয়না খক য়ৈখায়রোই। নঙ লুহোংনবা থৌরাঙনি খন্নরিবসি,কনা ওইবা য়াই,কনাগা হোংবা য়াই। নঙগী অপাম্বদু ঐখোয় তানিংঙি।"

" লমচৎ-শাজৎ,পুকচেল-খোইজেল অমদি ইমুংগী য়ূম্বাল-কৈবাল ফজনা খঙলবা নুপা অমা ফংবা হায়বসি তরাই তরাই লৌবসু য়াদ্রিবনি। অচৌ লৈবাক তাগদবা মী নত্তে। লৈমা নিংথৌ মচা কয়াসু পীগে হায়রিবনি। নচে-নতৈনা নঙগী ব্রাফম হৌদোক্লুবদগী ঙাঙনরকপতনি।" থাবল্লেগী ব্রাফমসি অচৌদা লৈতবা য়াদে হায়বগা অমহা ওইরি।

ময়াম্না মাবু ব্রাংনা থাঙ্গৎপীবগী থাগৎ ব্রাহৈ ফোংদোকচবা ঙমদনা লেম্বী নুংদা ঙংলম্বদগী থৌনা খর ফুদোরকখি।

" তাকপীরিবা পূম্নমক ঐগী লাইবক ফবনি। অদুবু হৌজিকমক্তি ইমা-ইপা থাদোক্লুনা চৎপা ঙম্বগী থৌনা ঐঙোন্দা লাক্ত্রি। নিঙোলনি নোংমা শোয়দনা চৎপা তারবনি, অদুবু মতম খর লৈরগা খন্নজনিংঙি।"

লেম্বীগী মিৎকী পি উরগা হেমানা তেমশিল্লি, " য়াবে য়ারে, মুন্না খনখো। নঙগী অনিংবদু ঐখোয়সু য়ারবনি।"

ব্রাতানবগী ফল তাদনা হেমা অমসুং নন্দ হনখ্রে। য়ূমগী অহল অনী ইপেন পেন্দ্রবগুম লৈহৌরি। লেম্বী মরেপ থূম্না নুংনাংলে। অপোকপা অপোকপী মরী-মতা কাইন-চৈনা কাউরুরবী মঙোন্দা ঙসিদি নিংশিংলকপা ময়াম্না মথূৎ পায়দুনা চিংখৎলরে। মহাক ইমুং চঙলক্লুনা হিপফমদা তুমিন ব্রাখল তৌরম্মী। মঙোন্দা হৌজিক কন্না ওৎলরিবসি ইতোপ তোপ্পা ব্রাফম অমননি খল্লুরগা মথন্তা তত্তনা হংজৈ — অদুক তেল্লবা মতমগী মনুংদা মহাকপু অসুক য়াম্না নুংশিরুরিবা করিগীনো, অসিবু মঙলানগী থৌদোক তারগদ্রা?

ব্রাখল পোৎলূম অসুম হেনগৎলক্লবদা মথূৎনা কলম পায়খৎলি।

কনবী হৈবা,

পুকচেল চাউরবা ওজা, নহাক্কী নফমদা লাইবক থীরবী ঐনা পুক্লিংগী ব্রারোল খর থাজরক্লি। ইকাইবা হুন্দোক্লবী ঐগী চিঠি পারগা য়াম্না ঙকপীবা য়াই। পুকচেল চাউবা,থৌজাল হৈবা ওইবনা ঐগী অরান-

অহুই পূম্নমক ঙাকপীগনি, চানবীরক্কনি হায়বগী থাজবগা লোয়ননা থম্মোয় নুংদা লোৎচরকপা ৱাসু নীংতম্না ফোংদোকচরি।

খাঙুথক্তা মাঙলম্লগদবী ঐগী পুন্সিবু নহাক্না কনবীখি। ঐগী চঙজফম ফংহনবীদুনা অনৌবা ইমা-ইপা, মরী-মতা লৈহনবীরে। নুংশিবা অমদি ঈংথবা পুন্সি অমসু নহাক্না পীবীবগা লোয়ননা অফবা তাইবং মীরক্তা তিলহন্দুনা অনৌবা লোনচৎ কয়াগী অৱাংবা ফিদম উহনবীরে। চেন্থজরক্লিবা ঐগী পুন্সি ঈচেলসি ওজাগী ঈরেন্দা তুংজগে হায়বা পাউনি ঐনা চেঞ্জরক্লিবা। ঐগী থৱায় হকচাং পূম্নমক ওজাগী খুয়াদা কৎচরগে লেপচখ্রবীনি হায়বসিমতং খঙবীরবদি ঐ কয়াগী মতিক নুংঙাইজগনি। অদুগা অমনা, নোংমা খোঙ্গুন লীবীরক্কনি হায়বীখিবা কাউবীরব্রা? ঐদি মদুতবু খৌরাংনা ঙাইজরিবীনি।

নঙগী

লেম্বী।

মথং অয়ূক্তা লেম্বী মন্ত্রী মোশিলগী বঙ্গলোদা চৎলম্মী। মন্ত্রীসি মহাক্না চঙজফম লৌখিবা লাম্পী খুন্দগীনি হায়বা তাখ্রে। বঙ্গলোদা খুল চৎকদবা মী শোয়দনা লৈরমফম থোকই হায়বা থাজবন মশাবু লমজিংলকখি। মখোয়দা মহাক্কী চিঠি শিন্নখিনবা থৌরাঙনি মহাক্না লাঙলুরিবা। অদুবু মফম অদুদা মথন্তা লাকখিবগী থৌনা খল্লুরগসু মহাক ঙক্তবদি ঙমদে।

মন্ত্রীগী বঙ্গলো গেটতা লেম্বীগা মতৌ লৈবী লৈশাবী অমগা থেংনরম্মী। মখোয় অনী অমনা অমবু ইঙক ঙক্না য়েংনরম্বদগী খংনিং নিংশিংনরকপগুম মখূৎ লামথোক্লদুনা নোকমিন্নে।

" তেশিল ! নহাকপু তেশিল নৎত্রনে?" লেম্বীনা কৌই।

" ইমা ! লেম্বী ! মানি ঐ তেশিলনি । নঙ ঐবু কাউরমদ্রি ?"

" করম্না কাউগনি ? খুন্দগী কৈদৌঙৈ লাকপগে ?"

" ঙরাং লাকপনি ।" তেশিলনা লেম্বীবু ফুগাইনা শাৎলবী গুলাপকুম উই। মহাক্কী মায়থোং শিন্থুংনা নুংঙাইবনা কুপ্লম্মী।

" করম পাল্লি?" লেম্বী নুংঙাইজবনা নিক্লি।

" হোয়, নুংঙাইজরি । নঙসু নুংঙাইবীরি? হৌজিকপু কদাইদা লৈবগে?"

" ঈশ্বরনা মৈতৈ ইমা-ইপাগীদা নুংঙাইনা থম্বীরি।"

" হোয়নে,অদুনা ওইগনি,পুরা মৈতৈ লৈশাবী মানখ্রে। য়াম্না ফজরে।

লেম্বী মমিৎ চীনবান তূনা মোমোন তৌই, মপা চাবা পাউখুম অমত্তং থিরকখি," নঙোন্দগী হেন্না ফজবী লৈশাবীদি ঐ অমুক্তা উখিদ্রি।"

তেশিল লেম্বীগী লৌশিং খঙনা নোকখি, খঙনিংবনা মখা তারকই, " করি থবক লৈরবগে অসিদা লাকপসিবু ? মন্ত্রীসি ঐগী ইবুংনি,মঙোন্দা নঙনা হায়নিংবা ৱা লৈরবদি ঐ পাংগে।"

চিংনরম্বা চুম্লে হায়বগুম লেম্বীনা তেশিলগী মখুৎ চেৎনা পায়, " লাইবক ফবীনি নঙসি,অচৌবা মন্ত্রীগী মচল নুপী নঙগা মরুপ ওইবদা ঐ কয়াদা চাওথোকচরিবনো । অদুবু নঙগা থেংনবসিদা ঐনা হেন্না নঙোন্দগী লাইবক ফরে। তেশিল,ঐ মন্ত্রী সাহেব উনবা লাকপা নত্তে, নখোয় খুলগী মী থিরকপনি।

" করি মরমগী?"

" পাউ অমত্তং চেন্নিংঙি। ঙসি হয়েং চৎকদবা মী য়াওরবদি অমুক্তা তাকপীয়ু ।"

" ঐ হংচিৎ চৎকদৌরি, ঐঙোন্দা হায়য়ু ।"

" চিঠি অমত্তং খর পুবীখো।" লেম্বী হরাওবগা ইকাইবগা য়ান্ননা মশা থক থক নিকখি।

" কনাদা পীগদবনো?"

" নখোয় খুলগী ওজাদা পীগদবনি।"

তেশিল খংপ্রেক খংনা মায়থোং লাংশিনখিবদা লেম্বী লানখ্রে হায়বগুম ইকাইবা খাঙদুনা লুকথৈ,তেশিলগী খূৎতা চিঠি শিন্নবা ঙমদনা লৈরে। তেশিলনসু চিঠি লৌনবা মখূৎ তিংথোরক্তে। মখোয় অনী করি খল্লি খঙনদ্রবসু হৈনিংবদি মাঙনখ্রবগুম্মি।

" নঙনাা ঐখোয় খুলগী ওজা হায়বদি থোইবাবু নৎত্রনে?" তেশিল খঙলবা মক্তদা খঙনিংলি।

" মমিংদি খঙদে,ঐবু কনবীখিবা ওজাদুবুনি।"

" করি মরোলগীনো? " খঙনিংবনা হেনখিবনা তেশিল হংফম চাই চাদে থিখিদ্রে।

" চিঠি পুহন্নিংলবসু মরোলদি খর লোৎনিংলি।" লেম্বীগী পাউখুমসু চক্রি থাংলি ।

" লৈশাবীগী অরোনবা চিঠিগী মবোলমুক খঙবদা লায়বা লৈত্রে, অদুবু ওজা থোইবা পাখঙ ওইরমদ্রবদি কৈদৌসিগে?" তেশিলগী ফাগি মরূ হকই।

" মদুনা পীবা অৱাবদু ঐ পুবা ঙমগনি থাজদে।"লেম্বীগী মায়থোংদা নিংঙাইগা লোয়নবা য়ানিংদবা মমি চেন্নরি।

" ফাগিসিনা নঙবু নুংঙাইহন্দ্রে।" তেশিল খাঙলপ নোক্নুনা হায়, " ইচীন্দগী থোকখিবা ফত্তবা ৱাহৈশিংসিগীদমক ঐ প্রায়চিৎ তৌফম থোক্লে, ওজা থোইবামুক শেংবা পাখং কনা লৈরমগনি?"

" নঙনা মাবু থাগৎপগুম মানসু নঙবু থাগৎলমফম থোকই।"

" অদুদি চিঠিদু ঐঙোন্দা পীররোইদ্রা?"

" পুবীখিদবা য়াদ্রবনি।"

" মমল য়াম্মল্লি ঐ পুররোই, নশানা অদুম পীজরো।"

লেম্বী নিংবা কায়না ঙক্কুক তেশিলদা য়েংদুনা লৈ।

" চুম্মি,মন্ত্রীগী মচলনা অসিগুম্বা পোৎতপ লোয়ননিংলোই।"

" ওজাদু বঙ্গলো মনুংসিদা লৈ,ঐ কৌথোরক্কে মঙোন্দা অদুম নশানা পীরো হায়বনি।" তেশিলনা শেংদোকখি।

লেম্বী খোঙদগী তোন ফাওবা ফং শাগৎলি।

" অসিদা লৈ?"

" হোয় মহাক ঙসি অয়ুক থুংলবনি।"

লেম্বীদা ইকাইবা করম্না পাইশিল্লকখিবনো,চিঠি পীবা ঙমগনি থাজদ্রে। ঙাইহাক লুকথরুবদগী মহাক্কী ৱাফম ওনখি," মশা লৈরবদি চিঠি পীদ্রবসু য়ারে। ঐনা মহাকপু উনবা লাক্লম্মী হায়বসিমত্তংদি তম্বীয়ু। ঐ অমুক হল্লকখিগনি।"

খাম্বা য়াদনা লেম্বী মমায় ওন্দুনা থুনা চৎখিবদা তেশিল ঙক্লা

য়েংহৌই।

লেম্বী হেমাখোয় য়ূম তম্মা লাক্লম্মী,মচেবু হৌরবনি,মরমদি অসিগুম্না তাঞ্জাগী ৱারীদা তেংবাংবীনবা মীশক লোয়নবগী চৎনবী লৈ। মৌপ্পাগীদমক পাউমেল্লিবী হেমানা ৱাফমসিদা থৱায় য়াওবীরক্কদ্রা হায়নসু মহাক খনখিদবা নত্তে। অদুম ওইনমক হেমাগী অচম্বা পুকচেল খঙবনা মহাক হঙ্গোয়বা লৈতনা পরপ পরপ চঙশিল্লকখি। থবক ইঙ্খাং লোইদুনা চাক চানবা থৌরাঙদা লৈবম্লবী হেমা মহাকপু উবদা হরাওনা চেন্থোরক্লম্মী।

" ইবেম্মা, নঙ নথন্তরো? পাউকা অমত্তা খঙহল্লক্তনা ফুৎ হেক ফাওবক্লিবনিনে?"

" উম, ঐগী থবক অমা লৈরবা,ইচে।"

" করিনো? কয়া লুবা জাৎনোনে?"

" লায়না লুবনি হায়বা তারে।"

" হায়য়ুনে।"

" তাকচগে,ঈংথখিসি কৈদৌবগে।" লেম্বীগী মীনোক্তা ইকাইবা চেন্নরি।

মনাওগী মতৌ য়েংলগা হেমা য়াম্না খঙনিংলবসু ঙাইঙমদবা থাদোকই।

" ঐ চাক চাগে তৌরম্লিবনি, চারুখিসি লাও।"

" ইতৈদি?"

" নতৈ জেলদগী হোস্পিতালদা লাকপা নুমিৎ মঙা-তরুক্লি শুরে। ঙসি মহাক্কী ওপরেসন লৈ, ঙন্তা চৎখিবনি। "

মচিন মনাও চাবদা মায় ওনশিল্লম্মী। চাক তঙ্খাই চল্লকপা মতমদা হেমা খঙনিংবদু কুইনা নমথনিংদ্রে।

" কদাইদনো নঙনা চৎলুসি হায়রিবদুবুনে?"

" মন্ত্রী মোশিলগী বঙ্গলোদনি, ইচে।"

"এঃ অদুদদি কৈদৌবা?"

" মী উনগদবা লৈ।"

" মন্ত্রীগরো?"

" নত্তেদা, ওজা অমনি।"

" করি লমগী ওজানোনে?"

" মন্ত্রী মোশিলগী খুন্দা ওজা ওইবনি।"

" মমিংদি করি কৌই?"

" খঙদে, মৈতৈনি ।"

" নহারা অহল্লা?"

" পাখংনি।"

" ও ! নঙগা খঙনবা?"

" থেংনরুবনি। ঐগী থৱায় কনবীরকখিবগীদমক হেন্না খঙননবা ঐনা মহাকপু থিরিবনি।"

" এঃএঃ, নঙগী ৱারিদা য়াওখিবদু নিংশিংলক্লে। অদুনদি থৱায়সু কৎকে খল্লিবা?" হেমা নোক্কুনা লেম্বীগী পুক্লিংগী ৱা থৌদোকই," অদুগী লৌদুনা ঐগী ৱাবুদি মতম য়েথোকহল্লল্লিবনিনে?"

লেম্বী অচুম্বনি হায়বগুম নোক্লম্মী।

" পুক্লিংগী চয়েৎনবা মরোল অমনা ঐবু মতম কুইনা ৱাহল্লক্লে , অহল-লমনশিংবুসু নুংঙাইহন্দ্রে। ঙসি ইচেদা শেংদোক্কবা মতম লাকপসিদা ঐ য়াম্না নুংঙাইজে।"

" নঙগী থৱায় কনবীখিবগী ৱারীদু অমুকসু হন্না তানিংলক্লে।"

" ৱারীদুগী মখা তারকপনা ইচেখোয়দগী ঐবু তোঙান ইন্থোকপীনবা মরমদি ওইহনবীগনু। ফত্তবা নুপা খরগী খূৎতা তাদুনা পুন্সি লোম্নল্লগদবা ঐসি ওজাদুনা পুকচেল চাউনা কনবীবদগী ঙসি ইচেগী ননাও ওইবা ফংজবনি, মসিতনি ইচেবু নিংশিংজহন্নিংবা।"

" থৌনাসু লৈবা, পুকচেলসু চাউবা ওজাদু উজনিংখ্রেদা।"

" অথোইবনি হায়সিরা?"

" মিংথোন্দুগীদমক মতিক চাব্রা হায়বদু হোরেন উরগা খঙবা তারেদনা।"

চাক চাবা তোকপগা হেমা অঙাংগী মফি শিল্লি, ইমুংগী তেংবাংবী অহন্দা মরোল শিন্নরম্মী," ইনে, ঐখোয় কুইজরক্লোই, থবক অমত্তা চৎচরুখিগে ।"

" কদাইদনো? মরকসিদা ডাক্তর হল্লক্লবদি?" অহল য়াম্না চেকশিঞ্জবনি।

" ইনাও নুপীগা মন্ত্রীগীদা চৎখি হায়বীয়ু, মন্ত্রী মোশিলগীদা।"

নুপী অনী থোঙ্গান্দগী রিকশো তোংখৎলক্লে। মন্ত্রীগী গেট ময়ামক্তা রিকশো খাম্লে। মখোয় অনীনা গেটলোমদা চঙশিল্লকপগা অহোবদগী য়েংলকপা থোঙাকপনা কৌরকই।

" লেম্বী হায়বীদুরা?"

" হোয়,য়াওজরি।" লেম্বী পাখৎলপ তৌই।

" চঙবীরকউ, মন্ত্রীগী মচল নুপীনা হংলম্বনি।"

লেম্বীগী তুংদা হেমা অঙাং পমদুনা তপ্পা চঙলকই। থোঙনাউ ময়াদা ফল্লম্বী তেশিল মপান্দা চেন্থোরক্লে।

" ঐ ঙসাইদগী য়েংলম্লিবনি। পাউদু মশাদা তমখ্রে। হৌজিক মহাক মন্ত্রীগী কাদা ফম্লি য়াম্না থুনা থোরক্লগনি। নঙগী লৈফম ঐনা খঙহৌদবগীদমক নুংঙাইতনা শোল্লম্বনি। চঙসি কাসোমদা ঙাইহাক ফমখিসি।"

"য়াম্না নুংঙাইজে,থাগৎচরি। "লেম্বী থক থক নিক্লকপা মশাবু ফাথে।

তেশিলনা মাঙ চিংদুনা বঙ্গলোগী ময়াই থংবা অচৌবা কাদা নুপী অহুম চঙলক্লে। মখোয়না চৌকিদা ফমথনবগা হেমানা হংবনি, "ইবেম্মগী মিংদি .....?"

" এঃ ইচে, লেম্বীনা তাক্লম্লগনি খল্লুরে। ঐগী মিং তেশিল কৌই। মন্ত্রী মোশিলগী মচলনি।"

" নখোয় অনীদি হান্নদগী খঙনব্রা?"

" হোয় খঙনজে।"

" ঐবু কনবীরকপীনি।" লেম্বীনা ফুগৎলি।

" খুল তিন্নবদি নত্তেদনা? "হেমাগীদু লন্নাই ৱাখন্দা লামখিবনি।

" তিন্নদে, "তেশিলনা খুম্মি," ইচে,ঐ লেম্বীগী খুল খঙদে। ঐখোয় অনী অহিং অমা লৈমিন্নখ্রে অদুবু ফিভমনা য়াদবনা ৱারী শানবগী মতম ফংহৌদ্রে।"

"হৌজিক্তি মহাক ঐগী ইনাও ওইরে।"

" য়াম্না নংঙাইজে, ইচেগা শকপু য়াম্না মান্নখ্রে। ইচেগী মিং ঐঙোন্দা তাকপীদ্রি।"

" হেমা কৌই, ইনাও।"

" ও ! হেমা ! "

" হোয়,হেমা হায়বনি,কৈদৌরবগে?"

" মিংসি তাখিবগুম তৌবা।"

" তারম্লগনি,হেমা কৌবা য়াম্না লৈবনি।"

" অদুবু মিং অসিনা ঐঙোন্দা তোঙানবা পাউজেল অমদি থোইদোকপা গুণ চেন্নরি ।"তেশিল মপান্দা লেপ্পা নুপা অমদা য়েংদুনা হায়খি," তাদ, হোরেন ওজা থোরকপগা ঐখোয় কাসিদা ফল্লি খর তাকপীয়ু।"

য়ূম্বু নুপী হৌগৎতুনা চৎখ্রগা অতোপ্পা কা অমদগী বিস্কুটনচিংবা অচাপোৎ হাপ্পা প্লেট অমা পুরক্তুনা নুপী অনীগী মাঙদা থম্লম্মী।

" লৌবীয়ু ইচে।"

" য়ারে ইবেম্মা।"

" ওজাদু অফবা মীনি ।"

" থাগৎনববু মরুপ কৌনৈ।"

" মহাক্কী থৌইনশিন্দগী ইবুংনা ভোট লেপখিবনি।"

" ওজাদু নখোয়গী খুন্দা লৈবা কয়া কুইরবগে?" হেমা বিস্কুট অমা লৌদুনা মচাবু পায়হল্লি।

" চহী অনী হেনখ্রে। মহাক হান্না উখ্রুল্লোমদা লৈরম্মী। লাইরিক্তা মথ্বায় য়াওজরবসু লৈত-লাইরনা য়ৈথৎপদগী নীংবা কায়না লেল্লকপনি হায়। অদুনা মরম ওইরমগদ্রা,মহাক হেন্না থৌশাবীদ্রবা,অসুকপা উমংবু মখোয়গী সংসারনি লৌজরিবা,উফুল হামুক্কা য়াওন্নবা চরা তঙ্খাই চারিবা অঙাংশিংগী খুঙ্গংদতা লৈনিংঙি হায। অযুক্তা মমানা খোম খজিক্তং পীথক্লগা হুন্দোকপীরম্লবা পিক্লিবা অঙাংশিংনা মচে নাওরোইশিংদা অরাম-খৌরাংবা খাঙবদা নিঙাই তৌদুনা কপ্লকপা উরগা মহাক্কী থম্মোয় নিক্লা খাঙঙি। চরা ৱান্নবা চুফুদা চাক লৈতবা,পীজনবা ঙমোক মচেৎ অমত্তসু ফংদ্রবা, ৱাজবনা

হুমাং কাংলবী নাওরোয় মচেশিংনা নোংথক্তা পায়বা উমাইবীদা, চাক্তারিবা য়েন্নাওদা, হূইদা, ষন্দা য়েংহন্দুনা থেম্বা হোৎনবদা ঙল্লক্রুবদা লৈমায়দা থাদদুনা থরো থরো ওলহল্লিবা অঙাংশিংবু মহাক্কীমথানুংদা কোনখৎনিংলি। মখোয়গী অরাম খৌরাংবা মতৌ নিংশিংলুরগা থাঙ্গৎলুবা মহাক্কী চখোম য়া য়ৌবা ঙমদনা লেপখিবা মশীং য়াল্লে। ঐখোয়গী মন্ত্রীবুসু তোল্ল-তারবশিংগী য়েংদুনা থবক তৌনবা তৎতনা পাউতাক পী। হৌজিকমকসু মদুগী ব্রারী শাহৌই।"

মপান্দা খোঞ্জেল অমা তাবদা তেশিল লেম্বীদা য়েংলকই, " লাক্লমাল্লে।"

লেম্বী পাখৎপনা মমায় ঙাংশং ঙাংখ্রে । ওজাদুগী শক খঙনিংবগী খৌরাংবা হেমাদা খংহেন হেনগৎলকখি । তেশিল লাংতক্লরপ নুপী অনীদা য়েংলম্মী। মপানগী পাখংনা পাউ পীরুবা ওজা পন্দনা ময়াই কাদা চঙলপদা হেমাগা চপ চানা মায়োক্লখি। মখোয় অনীমক ইখং খংবগুম ঙক্লা য়েংনখি, মঙলানগুম তাওনৈ। ওজা থোইবা চৌকিদা ফমগনি কাউখিবনা চপ লেপ্তুনা লৈরম্মী। হেমা মচাগী মখূৎ চেৎনা পায়রগা তপ্পা লেকথখ্রে। লেম্বী অমসুং তেশিল পাখৎপা য়াওনা হেমাবু কোনখৎলম্মী। মখোয়না কৌবদগী মপান্দা লৈরম্বা মী খর চেনশিল্লক্লুনা হেমাগী লব্রাইদা ঈশিং থারম্মী।

" ইচেসিগী মতৌসি করিনো? " তেশিল নুংশা থীনা লাউই।

থোইবা লাইকন্নবা য়াওরম্মী।হেমানা মমিৎ ইপাং পাংথোরক্রুবদা মহাকসু থুজিল্লকখি, " হোস্পিতালদা পুনবা তৌসি। গাড়ীদা থাঙ্গৎসি।"

হোস্পিতাল লাকপা লম্বীদা তেশিলনা গাড়ী মনুংদা হেমাগী অঙাং পল্লম্মী। লেম্বীদি হেমাবু কোন্দুনা কপ্পি, " ইচে, করি মতৌনো, নুংশিবী ইচে, ঐনা ময়ূমদগী পুরকপনি, ঐসি ইশাগীতা য়েংবীনি। অসিবু করি মতৌনো? ইচে ! ইচে !"

" লেম্বী, করিসু তৌরোই পাখৎকনু।" থোইবানা থেমজিল্লি। " নঙবু মখোযগী য়ূমদা লৈব্রা? "

" লৈতে, অদু ওইরবসু, মহাক ঐগী ইচেনি।"

হোস্পিতালদা ডাক্তর অমসুং নর্স ময়াম য়োমশিন্দুনা হেমাবু লায়কন্নরম্মী ; মখোয় অয়াম্বনা মহাকপু মশক খঙবদগী থব্রায়সু য়াওনা

হোৎনৈ । পাউ পীনখিবা য়াওরম্লে, তহ্া তহ্া ডাক্তর নন্দ য়ৌরকখি। হেমা তপ্না তপ্না মমিৎ পাঙথোরকপগা মনাক্তা ফম্লম্বা মপুরোইববু কো দুনা কপখি। ব্রাখল লাকপগা মচা থিরকই। লেম্বীনা মচেগী তম্পাক্তা অঙাং থম্লগা হায়," ইচে, ইতৈ লৈরিবসিদি,করিসু তৌররোই।"

থোইবা মিপাইখিবনা মপান বেরেন্দাদা হঙ্গৎ হন্দা চৎলকপা ফনা কুইরে। মহাক্না অমুক চঙলকপদা য়োমশিল্লম্বা ময়াম মথং মথং থোকখ্রে। মপুরোইবা ডাক্তরদা মুন্না য়েংলিবী হেমাগী মায়থোং তাইফেৎ তাই। ডাক্তর তপ্না লৈথোরকই, ইহ্া হাদে।

" ময়াম য়াম্না ব্রাবীখ্রে, লমন চাউনা তোনশিঞ্জরে।"

" অদুম্না তাকপীগনু ডাক্তর সাহেব,ঐখোয়গীদি অচম্বা মতেংনি। ডাক্তর সাহেবনা নুতি-নুমিৎ খুদিংগী তৌবীরিবা মীয়ামগী সেবা ঐখোয় খঙজে।" থোইবা নুংশিবা মিৎয়েংদা থাগৎলি।

" লেম্বী, কদাইদনো নচেনা ঙম্লকখিদবা?" ডাক্তর ঙক্তক হংলকপনি।

" মন্ত্রী মোশিলগী বঙ্গলোদা।"

"এঃ অদুদদি করম্না।"

" ঐগা থবক অমগীদমক লাকমিন্নবনি।"

ডাক্তর থোইবাদা লমন তোল্লে মতাগুম অমুকসু য়েংলি।

" সোমগী মরুপখোয়বু .....?"

" ও, ঐ থোইবা কৌজে। ইচলসিগী মিংনা তেশিল কৌই,মন্ত্রী মোশিলগী মচলনি। বঙ্গলোদগী ঐখোয় তেংবাংবা ওইনা য়াওজরকপনি।"

" থাগৎচরি। ঐনা অদোম্বু করিগুম্বা মফমদা উনখ্রে খঞ্জে।"

" হোয় ডাক্তর, ঐনা নিংশিংজবদা উখুলদা ওইরমাল্লে।"

ডাক্তর নিংশিংবা হোৎনৈ। থোইবানা লেম্বীদা য়েংদুনা হায়রকই, " লেম্বী ইবেম্মা,নঙদি ইচেখোয়গা ঙাইহাক লৈহৌখিবা তারি?"

" ওজা।" লেম্বী থোইবাদা মুন্না য়েংবা ঙমদে।

" অদুদি ডাক্তর সাহেব,ঐখোয় অমুক য়ৌজখ্রগে।"

ডাক্তরনা থোইবাগী খূৎ নুংশিনা শোক্লগা হায়,"য়ৌবীরসি,

তৌবীমল কাউজরোই।"

থোইবা তেশিলগা লোয়ননা কাদগী থোঙজিল কাম্থোকখ্রে।

" তা-থোইবা !" মপুরোইবগী খূৎ চেৎনা পায়রিবী হেমা কল্লপ কৌরকখি।

থোইবা ইখং খংনা চপ লেপ্লম্মী, মমায়দি লৈশিল্লক্তে। নন্দসু পূমঙক ঙকখি। শিখ্রে হায়নখিবা থোইবাগী মিংতা নত্তনা মশকসু খঙলে।

হেমানা মখা তারকই, " ৱা অমত্তং হায়জগে।"

থোইবা হেমাগী ৱা ঙাইবদা মওং হোংদনা লেপ্লি।

" তা-থোইবা, নঙ য়ূমদা চঙখিরোইদ্রা?"

ডাক্তরগী শকফম ওনখিবদা লেম্বী ঙক্লা য়েংঙি।

" ঐ য়ূমদা লৈ, কৈদৌরবগে?" থোইবা খজিক্তং লৈশিল্লকই।

" হুং, ঐনা হায়বদি ইমা-বাজীগী য়ূমদা?"

" মখোয়বু খুরুমজনবা মতম লাক্লে হায়বদু ঐসু খল্লি।"

" ইমা-বাজীদা তা-থোইবা হিংলি হায়না পাউ পীরুগদবা মী অসিদা লৈরে। মখোয়না হরাওবদু ঐবুসু অমুক্তদি উহনবীয়ু। মঙগুম থোক্লবা ইমা-বাজীদগীসু হেন্না হরাওবা মীবুসু উনবীয়ু।"

" ঐগী পুন্সিদি মঙলানগুম অসুম লৈজরসনু।" থোইবা কনাদসু য়েংলমদনা মখোঙ থাঙখ্রে।

মপুরোইবনা কুপ্না শেন্নরিবা হেমাবু লেম্বীনা থাদোক্ত্রি, অদুবু মহাক অঙকপা থুনমক কোকথোক্লিংখি।

" ইচে, ওজাদুগা হান্নদগী শক খঙনবীবা ওইরে?"

হেমানা খুমদ্রিঙৈদা ডাক্তর নোক্লকই, "থোইবানা শিদ্রিঙৈদা নচেগী চান্নবা মরুপ ওইরম্বনি।"

ডাক্তরগীদু ফাগী ওইনা হেমাগী ৱাখল য়াংহন্নবা হোৎনরুবনি। অদুবু হেমানা মপুরোইবগী খূৎ তাপ লাম্লকখি। করিমত্তা ঙাঙলমদনা অমুকসু ৱাম্থখি। নন্দগী মতেং পাংনবা অতোপ্পা ডাক্তর অমসুং নর্স খর চেনশিল্লকলম্মী। লেম্বী অঙাং পমখৎতুনা কা মনুংদা নুংশা থীনা হঙ্গৎ হন্দা চৎতুনা লৈখি।

তফিং তফিং চেল্লকখিবা তোমাল অমসুং লালিতা থুংলবা মতমদা

হেমা হৌগৎলক্লে,মিপাইরবা মমা-মপা উরগা নুংঙাইজদে। অদুগা মখোয়না থোকখ্রিবা থৌদোক হংলক্কনি খনবদসু ব্রাজি।

য়ূমদা ঙন্তা হল্লক্কনি হায়রম্বী লেম্বী লাংতক্লে। মঙোন্দা য়েংদুনা মচেনা হায়রকই, “ইবেম্মা নঙ চৎলো। ঐখোয় হয়েং লাক্কনি। নঙনা থিরুবা ওজাদুগী য়ূমদি খঙলব্রা?”

লেম্বী মঙক হাইরগা মচেদা য়েংলম্মী। হেমা মোমোন নোল্লকই, “ মহাক্কী য়ূমদনি নঙনা ঐবু ঙাইরমগদবসি।”

লেম্বী ইকাইবা, হরাওবা অমদি কপ্লিংবা অহুম পূন্না হেমাদা অদুম য়েংদুনা লৈ।

# ৩২

নুমিদাংৱাই য়ৌশিল্লক্লবা ফাওবা লেম্বীনা হল্লক্তুবদা মমা-মপা নুংশা থী, তোয়না হংনৈ। থাবল্লে থোঙ্গান থোক্তুনা য়েংলুবা অহুম্লক শুরে। উখোক্তেন্দা ঙাদুনা ফম্লিবা শাজৌ নিংথম নুংশিংনা য়ৈরবসু নুং ফাওনা ঈংথহনবদি ঙমদে, লৈতাদ্রে।

" থাবল্লে, অঙাংদুবু মচেগীদা লৈথোক্কদৌরিব্রা?"

" থাজদে,লেক্লক্কনি হায়রমদে। হেমানা মৌপ্পাগা শক খঙ-মায়খঙনহন্নবা শিনবদা থেংখিবা ওইরমগনি খল্লি। "

" অদু ওইরবদি মফবা,লৈশাবী অমবু মথন্তা থাদোকখিবসিমদি ঐখোয়সি চুমদ্রবনিকো।"

"হোয়দা,নুপা-নুপীগী মান্নবা থোং লৈরে হায়নবসিদা মতৌনরিবনি । মানসু চৎলমদাইদা চিংনবা খজিক্তং ফাওবা উৎলমদে।"

" মরমদি তাক্লন্ব্রা?"

" হংহৌদ্রবনি,অদুবু মচেনা কৌবা ওইরমফম থোকই। থৌরাঙদু হৈনিংনা উই হায়বসিদা ঐদি নুংঙাইজখিবনি।"

" ঐঙোন্দা মাবু মৌ ওইজগে নিংশিংলকপসি মরুপ-মপাং অহুম-মরি শুরে, মানা য়ূম পানখিরোই হায়বসিদা হঞ্জিন হঞ্জিন হৌদোক্লিংদবনি। মসি চুমদ্রে, হন্দক্তি ঐখোয় খর তকশিনসি।"

থাবল্লেনা থোঙ্গাল্লোমদা য়েংবদা শাজৌ য়াওই। থোঙ্গান্দা থাবা জীপ অমদগী কুমথরকপা মী অহুম পরেং চঙলকপদা নুপী অমনা ময়াই

থংলকখি। মখোয়না শুমাঙ মতোন য়ৌশিল্লকপদা য়ূম্বু অনী ঙকপা তান্নবগুম য়েংনৈ , মখোয়গী মিৎপু থাজবা ঙম্নদ্রি।

" অসিবু নচা নুপা নৎত্রনে ! "থাবল্লে দারিদগী ফিংনা চোংথখ্রে।

" ইবুংঙো ! ইপাগী থোইবা !" শাজৌ ফুক হৌগৎলক্ষ্মী।

থোইবা চেনশিল্লক্কুনা মমা-মপাগী খোঙ শোক্লে। অঙকপা অমদি হরাওবনা লাকহৎলবা মমা-মপা মশা থক থক নিকই, মচাবু চহী অহুমগী পান্দমগুম চেৎনা কোল্লগা অৱা-নুংঙাই মরোল পুবা খোঞ্জেন্দা কপ্লক্ষ্মী। লাকমিন্নবা গাড়ী দ্রাইবর অমসুং লৈশাবী মপি তৈথোক্লি।

" লাইরবা নমা-নপানি খঙলবদা নঙনা ঐখোয়বু অদুক য়াম্না ৱাবৌখ্রিবা করিগীনো?" থাবল্লেনা মচাগী লাইবক্তা হন্না হন্না চুপ্লক্ষ্মী। " ঐখোয়না ননীং থুংহনবদি ঙমখিদে অদু ওইদুনসু নুংশিজবদি মপান-মখৈ নাইদবনি । ঐখোয়বু মীরাইদুনা নঙনা তৌনিংবতা তৌবসিনা ইমাগী থম্মোয় কায়হল্লে ।"

থোইবা ৱা মচেৎ অমত্তা ঙাঙদে,লানখ্রে হায়বগী মওংদা তুমিন মপাগী মাঙদা লেপ্লি। শাজৌ চঙক্লবা হন্দ্রিবনি,অদুবু মশাবু ফাথনবা হোৎনরকখি।

" ইচাশা,লাও, মাঙ্গোন্দা ফমসি কাখৎলকউ।"

থোইবানসু লাকমিন্নবশিংদুবু কৌখৎতুনা মাঙ্গোন্দা থাবা ফালশাং অমদা ফমথবগা থাবল্লেসু চমম্নবাখজিক্তুং হন্দোরকপগুম হায়রকই, " ইচাশিংদি কনা কনানো,ইমাখোয়দা তাকউদো।"

ফিভম তাঞ্জানা তেশিলবু খজিক্তুং হঙ্গোয়হনখিবদা লাকমিন্নবা পাখংনা তাকখি, " ইমা, ইচলসিগী মিং তেশিল কৌই । মরিং লৈশাবীনি, মন্ত্রী মোশিলগী মচলনি। ঐদি ইম্ফালদগীনি,মন্ত্রীগী গাড়ী থৌজৈ।"

তেশিলগী ফজবা শক-গুন, তিঙদা-য়াঙদা, লৌশিং চেনবা মিৎয়েং-নায়েং অমদি হাদবা মতৌদা থাবল্লে নুংঙাইবা পোকই। হায়নিং হংনিংবা খর লৈরবসু পাক হেক চঙশিনবা ঙমদনা খল্লিনৈদা মাঙ্গোলগী মী খুদিংমক থোঙ্গাল্লোমদা য়েংথোক্লে। তপ্তুক চঙলকপী লেম্বীদনি য়েংনরিবা। থাবল্লে পোৎলুম অমসু থারবগুম্মি।

" নচা নুপী হল্লক্লে।"

" লেম্বী নৎত্রনে?" তেশিলগী পুক্লিংগী ৱাহং মপান থোরকপনি।

তেশিলনা লেম্বী হান্নদগী খঙবগুম শোনখিবা তারগা শাজৌ অমসুং থাবল্লেগী অঙকপা অমুকসু হেনগৎলকই। লেম্বীসু মাঙ্গোন্দা ফল্লিবশিংদা য়েংলগা থাজবা ঙমদবগুম চঙক্লনা চঙশিল্লকপনি। অদুবু তেশিলদা য়েংলগা শুমাঙদগী নোক্লক্লে।

"হাইমা ! তেশিল! অসিদা অমুক করি থবক্কী?"

" নঙদি করি হায়গদবা ৱাৎহৌরবগে? "তেশিলগী পুক্লিংদা লেম্বীনা থোইবাবু তান্নরকপনি খন্না থোরকখিবা ৱাহংনি । " য়াম্না ৱানা থিরক্লিবনিনে ?"

লেম্বী তেশিলদা করিগুম্বা খর হায়গে চঙশিল্লকপদা থাবল্লেনা কৌশিল্লকপনা হানখ্রে।

" লাও ইবেম্মা, নঙসু ঐখোয়গী মঙসিদা তিল্লরো। শিখ্রবা মী হল্লক্লে, অসিবু থাজগদবসি কনানো ? অঙকপনা থল্লবা পূংফমসিদা ঐগী মাঙদা ফল্লিবা নুপাসি মশক তাক্লে লাও।"

" ইমা, ঐ ওজাবু শক খঙজৈ।" লেম্বী ইকাইরপ থোইবাদা য়েংলুরগা হায়রকই। " ঐগী থৱায় কনবীখিবা পুকচেল চাউবা নুপাদু ওজাসিনি।"

" নবুংনরনে ইচাবু কল্লকখ্রিবসে?"

" হোয় ইমা, মিং খঙদবনা ইমাখোয়দা তাকপদা লুনা থোকখি।"

থোইবাগী অঙকপা অমদি খঙনিংবা অসুম চাউখৎলকই, হংদবা ঙমখিদ্রে।

" লেম্বী , নঙদি য়ূমসিদা .....?"

" মসি ঐগী য়ূম্নি।" লেম্বী মমাদা য়েংলম্মী। চমন্নবা কোক্ত্রি।

" লাইরজরবসু ঐগী ইমা-ইপা অহেনবনি।" থোইবাগী থম্মোয় নুংঙাইবনা পিক থল্লবগুম হায়। " ঐ শেংনা চাউথোকচৈ।"

লেম্বী ৱা মখা তারম্বা ঙমদনা ইমুংদা চঙখ্রে। শুমাঙ মাঙ্গোন্দা তিল্লবা লৈকাইগী মীশিং জিরি জিরি য়ামখৎলকই। কনানা ঙাঙলি কনানা তারি খঙনদে, পূম্নিল নিল্লি। ময়ামগী ৱাহংদা থোইবা খুম্বা ঙমদে। থীনা চৈরকপা য়াওই, থেমজিনবসু চঙলকই। থোইবাগী মায়থোং অশাওবা

য়াওদে, য়াম্না চীং লেম্না অমদি চনীং তানা তুমিন তারম্মী। ময়াম মরক্তুদগী শাজৌনা মচাবু ইমুংদা পুশিল্লক্লে। শিশ্নবা থোইবা করম্না হিংগৎলকখিবনো খঙনিংবা মীয়াম শুমাঙদা পৈরি।

থোইবা মপান্দা অমুক থোরক্তুনা ময়ামগা উনৈ,নুংশিরবা মমান্নবা য়াওরকই, কোন্নদুনা কপমিন্নৈ। মখোয়না চৈরবনা খর হেল্লি। মমা-মপাগী অৱাবা মশক খঙদবা, থৌনাইদবা,পাঙদবা,লমহেনবা থোইবাগুম্বগী মতৌ মখোয়গী মচা-মশুশিংনা তম্লক্কদ্রা কিজৈ হায়রম্বসু য়াওখি। থোইবা ৱাহৈ অমত্তসু হঙ্গৎনা খুমখিদে। পুক্লিংগী ৱাফম মপান থোক্লিংবনা মহাক্কী থৌরীদা পৈদুনা লৈরে হায়বা তেশিলনদি উই।

লৈকাই মীয়াম চৎনখিবদগী খজিক্তং ঈংথরকপগা তেশিল থোইবাদা ওনশিল্লকই,“ওজা,ঐখোয় চৎচরগে।”

“ ঙসি অসিদা লৈথোকখিবদা য়াম্না কায়রগদ্রা?” থোইবানা খাম্নবা হোৎনৈ।

“ নুংঙাইররোই,ঐখোয় খুদক্তা হল্লক্কনি হাযরম্বদুনি। হৌজিক্তি ওজাগী য়ূম খঙলে। ইমা-ইপা ময়ামগা শকখঙনজবে, য়াম্না নুংঙাইজৈ। অসিগী তুংদা ঐনা হায়জগদবদি,ওজা য়ূমসিদা তংদা-লৈতানা অহল-লমনশিংগী সেবা তৌদুনা লৈবীরো। মাঙগী পুন্সি মরেন্দু থাদোকপীখ্রো।”

দ্রাইবর পাখং হৌগৎলি, “ অদুদি ওজা,ঐখোয় য়ৌজখ্রগে। মন্ত্রীনা ঐবু শোয়দনা ঙাইরমগনি। ”

লেম্বী ইমুংদগী থোরক্তুনা খাম্বা য়াওরৈ,“ তেশিল, কৈদৌবগে ঙসিদি লৈথোক্লসি। ঐবু খজিক্তং সেবা তৌজনবা তাঞ্জা পীবীয়ু।”

“ ৱারৌবীরোই, ঐখোয় লৈথোকপা য়ারোইদৌরি। মন্ত্রীগী গাড়ী পুরকপনি।”

“ মন্ত্রীগী মচলসু নোংমদি গাড়ী পুবা য়াইনা।”

“ ওজাবু য়ূমদা থিল্লম্লগা হল্লক্লবা শিন্নরকপনি।” তেশিল চৎনবা থৌরাঙদা হৌগৎলকপগা ওনশিল্লকই,লোন্তক হায়,“লেম্বী,হৌজিক্তি মীশক অমবু লৈতাহন্নবা থৌদাং লৌবীগদবা মীওইদু লৈরম্লে খল্লুরগা ঐ হায়ফম খঙদনা নুংঙাই। ঈশ্বরনা য়াইফ-বর পীনবীসনু। ঐখোয় য়ৌজখ্রগে।”

তেশিল অমসুং দ্রাইবরবু থোইবানা থিন্দোরক্লে, গাড়ী ময়া নকশিল্লকপদা হায়রকখি, " তেশিল, মোশিলদা থম্লুবা ঐগী থাজবা অমসুং আশা তাইওন্নরে। মখোয়গুম্বা মী খরদগী অশেংবা থৌরাঙ উগনি, মীয়ামগী ইহুল খঙনা অহৌবা খোল্লাউগা লোয়ননা কৎথোকপগী থৌনা থোরক্লগনি হায়না থাজরুবা ঐগী ৱাখল লাল্লম্লে। নুংঙাইখ্রবশিংনা অৱাবা হঙ্গৎনা নিংশিংনিংদে। মীওইবগী লোনচৎসি মশাগী ওইজবা থিবা, নুংঙাইবগী অমসুং তৌবা ঙম্বগী তুংফম ওইবা লন পৈশিন্দুনা মীয়ামদগী থোইনবা হোৎনবনা মপুং ওইনা লৌনখ্রে। মসি খঙদবগুম ঐনা ঙাঙখি শকখিবা ময়ামদুনা ঐবু হৌজিক পোত্থাফম খঙদনা ৱাহল্লে। মরমদি ঐ হৌজ হৌজ থেংখাং কয়াদা মায়থীরে । অদু ওইদুনসু ঐগী মঙলান লম্বীগী লমথংফমদি উনিংলি। মালেম, নোংথক অমসুং ঈরোন মীওইবগী বুদ্ধিগী মাঙদা লোৎতুনা লৈবা ঙমদ্রে হায়না চাউথোকচরবসু ফিথুংদবা, মপুক থন্না চাবা ফংজদবা অঙাংশিংগী অমম্বা তান্থোকপীদুনা মকা লাম্না নোকহন্নবা খৃৎতি খক থাঙ্গৎনরক্তবসিদা ঐ লৈফম খঙদে। মরম অদুনা তেশিল, ঐ নখোয় খুলদা অমুক লাক্লরোই। অহলশিংনা মথং চহীগীদমক স্কুলগী অনৌবা থৌরাঙ পাযখৎপীনবা ঐনা নিংশিংজবকই হায়বা ময়ামদা শোয়দনা তম্বীযু। নুংশিজরবা খুঞ্জা মরুপশিংদগী লাপথোক্লবসু তাম্লবা চীংজাউ উমংনা কোর্যশিল্লবা পামলৌদা চবা তঙ্খাই চাদুনা হুমাং তান নোম্লিবা ময়ামদুগী মরক্তা ঐগী থৱায় লৈ, অমদি অহিং অথেংবদা, থবক্লা লাকহৎলবশিংনা অৱা-পোত্থানবা ৱারীনবদা ঐ যাওরি হায়বা পাউসিমত্তংগা পুবীখিবগা লোয়ননা নঙনসু কাউবীগনু।"

তেশিল কপ্লকই, " ওজা, ঐগী ইবুং মতমগী মী ওইরে, মাগী অরানবা খোঙথাংদা ওজানা পেন্দ্রে। অদুবু লাইবক থীবী নচল ঐদি থাপ্লবা লোইবী চীংদোন্দা শুক্লবা নারক-মোংশোংদা লাইর-চরা তানবদা নঙগী মিংবু শোন্দুনা পুন্সি লোম্বা ঙাইখ্রগে।"

থনুংদা কন্না হিকপনা ৱাহে মখা হায়থবা ঙমদ্রবী তেশিলগী শাংলবা পাশিংদা পিরাংগী ঈরিক য়াল্লক্লে, তঙাংলবা খজাই অনীমক্তা ঈরম নাইনা চেন্থরক্লে, চীনবান মথক মখা অনীমক চিক্তুনা থোইবাদা অমুক্তং য়েংলম্লগা গাড়ীদা কাখৎখি। জীপ য়াঙনা থৌখিবা য়েংলম্বদগী থোইবা মখোঙ

য়াম্না লূম্না থোঙ্গান্দগী হঞ্জিল্লকই। অমম্বনা মালেম্মু কুপশিনবা হৌরক্লে। অদুবু ঙসিদি শাজৌ অমসুং থাবল্লেগী থম্মোয়দা মখোয়গী ইমুং মীনা পিক থল্লে।

মখা থংবা নৌনা শাদোকখিবা অচৌবা কাদা লৈতেংগী পোৎ কয়াগা লোয়ননা য়াম্না নান্না ফমুং অনী থাবা উরগা থোইবা খঙনিংবা পোকই, হংবদি ঙমদ্রি। মাগী ব্রাখল উবদগী থাবল্লেনা হায়, " কা অসি মরক মরক লাকপা অঙাংশিংগীদমক শেম্বনি।"

" তমুবীখোয়বু তোয়না লাকপ্রা?" থোইবা খল্লকপদু হংখি, " মাবু নিংথেমদা থাজখিব্রা?"

" ইচাদু ঐখোয়না হায়বা ইঞ্জখি, অদুবু মরাইবক থীরে, নিংথেম লৈখিদ্রে।"

" কয়া কুইরবগে !" থোইবা শৌবিং লাউই।

" ফীরোই শোনখ্রে। ব্রাংনবা হোৎনবদা মন্ত্রী হাইগৎলুরে, অরোইবদা উতোনগী থৌরীদা কূমথখ্রে।"

" মন্ত্রী ওইরম্বা নিংথেম হায়বা অমা থৌরী য়ান্দুনা শিখি হায়নখিবদুরা ?"

" মপাপ্না মপোৎ ফাখি।"

" অদুদি ইচন্দি হৌজিক করম্না লৈরি।"

" অহল ওইরবা মনেম-মকু শেন্নরি, থাদোকপসু য়াদবা।"

" মদুমক ফরিবনি, মথৌনি। মহাকপু অসিদা তোয়না লেক্লপ্রনে?"

" লেক্লদে।" মমাগী তুংদগী লেম্বী য়াওরকই, " ইচেদি নক্না লৈবনি, নোংমতসু লেক্লদে। কাসিদি ইচে হেমাখোয়গীনি।"

" হেমাখোয়গী ! "থোইবা তশেংনা ঙকপনা লেম্বীদা য়েংঙি।

" ছুটি মনুংতা নত্তনা হাপ্তা অমদা নুমিৎ নীনি অসিদা লৈবসি ইতৈ ডাক্তর য়াম্না হৈননা থোকই, মাগী নুংঙাইজবনি লৈকাই মীয়াম্নসু লৈবীদবা য়াদে কন্না হায়জরৈ।"

" ইচাশিংগী মপান্দগী ঐখোয় হিংলিবনি।" থাবল্লেনা থাঙ্গৎলি।

থোইবাগী মায়থোং শিন্তুংনা মোমোন তৌরকপদা মিংকী পিনা থৎখি। মঙোন্দা হংনিংবা খরদি পন্দুনা অদুমক লৈরে খঙবদগী মমানা

হায়,“ নন্দ অমসুং হেমা  ঐখোয়না মপোক কয়াগী মমাঙদা পুন্য তৌজখিবনা ফঙজরবা ইচা ইমৌনি ।”

হেমাগা ইমুং অসিগা হেন্না হেন্না নকশিন্নরম্বগী মওং শানরিবা ৱারীনা তাক্লকপদা থোইবা মুন্না হংদবা ঙমখিদ্রে। মহাক্কী ৱাহংগী পাউখুমদা মতৌ করম্না নন্দনা মখোয়বু মমা-মপা ওইনা নিংজখিবা, মখোয়নসু মচা-মমৌ ওইনা ফংজবা, ইমুং অসিগী অৱা-অনা কয়াদা মখোয়না শরুক য়াদুনা য়াইফ-থৌরাঙ পায়খৎলকপা অমদি তৎন-থান য়াদ্রবা মরী অমা থম্লকখিবা পূম্নমক চিৎথবা লৈতনা মরীক চূন্নবা ৱারী অমা থাবল্লেনা লীরম্মী। ময়ামসিগী মথক্তা তোমাল অমসুং শাজৌগী মরক্তা খারম্বা ওইনবগী শম্বল তেকখ্রে তাবদা থোইবাবু অসুক্কী মতিক নুংঙাইহল্লি মদুদি মহাক স্বর্গদা খোঙদারে লৌরম্মী।

চহী কয়া কায়নরুরবা, শিখ্রে খন্নখ্রবা মচানুপানা মনাক্তা লৈররবদা শাজৌ মঙোন্দগী হেন্না নুংঙাইবা মীশক অমা সংসারদা লৈরম্লরোই খল্লকই। অহিং চূপ্পা মচাবু ৱারী শাননিংবনি, অদুবু থোইবাদি ঙন্তা মাগী হিপফম কাদা চঙখ্রে।

থোইবা হিপথবগা মহাক্কী ফজনা শেন্নবা কা, য়াম্না নান্না থারবা ফমুং অদুগী মরমদা খল্লুই। রেঙ্গুনগী রোয়েল হোটেলদা অহিং অমা লৈখিবদু খংনিং নিংশিংলকখি । মফম অদুদনা মীরোৎ ওইরুবগী নুংঙাইনা পোত্থাবা ঙমখিদে, ঙসিনা নুংদা হৌরকপা নোংলৈ নুংশিৎনা তূম্নিংবা মাঙহনখ্রে । মখোয়গী মৈতৈ যূমজাওনা হোংলল্লিবা শক্তম, তোঙান তোঙানবা কা শেমদোকপগী মওংসি শেল য়াম্না চঙলম্ফম থোকই। য়াম্না তরু-তনানবা ইমুং অমা ওইরম্বা, শিজিন্নরিবা পোৎ-চৈ অমদি শেৎলি-ইল্লিবা ফি-রোলনা ৱাৎত-পাদনা পানবগী মওং তাক্লকপসিদা মমানা ডাক্তর নন্দগী মরমদা তমখিবশিংদু য়ানিংলক্লে৷ করিগুম্বা মপানা ক্ষেতিপুরন ফংলম্বা থোক্লবদি অসি য়ৌনা ওন্থোক্লমবদা অরুবা লৈরোই হায়বসু মহাক কাউদে। অমা ওইরো, অমবু ওইরো চহী কয়া মমা-মপাগীদমক অৱা-ঈরৈ শক্লোনগী অনুৱা অমা মহাক্কী থম্মোয়নুংদা তুঙলম্বা হৌজিক তুকথরকপতা নত্তনা পূমকং কংখ্রবগুম্মি।

তোয়না তোয়না য়াওনবদা থোইবা কাউবা ঙমদ্রবা অঙাং

ওইরিঙৈগী পুন্সি চেন্নরকই — চরা থিবা চৎখিবী মমানা হল্লক্ত্রিঙৈ, অরাম-খৌরাংবনা খাঙবা ঙল্লক্রুবী নিঙাই তৌরিবী মচল তমুবীবু নঙ্গন্দা চেৎনা পোদুনা শুম্বলদা চুজাক শুরগা খুদক্তা থোংনবা হোৎনখিবা, চুজাক মপূং ফানা চাবা হৈত্রিবী মচলনা কপখিবা, হেমানা তমুবী কপ্পা তাবদা চাক খর পুরগা চেল্লকখিবা। অৱাবা কয়া খাঙমিন্নরক্লবী থৱায় অনীসিগী মফমদা মহাক করিসু কান্নফম খঙদ্রবা মীশক ওইখ্রবনি। অদুবু মীওইবা থৱায় অমনা পেনখিবা থৌওংবু অতোপ্পা থৱায়শিংনসু হেক্তা য়ানিংঙি,লৌশিনবী, মসিনা তাইবং লিংঙি, অমত্তনি হায়বা তাক্লিবনি খল্লুরগসু মহাক্কী থম্মোয়নুংগী নোংলৈ তপ্পা তপ্পা হন্থরক্লি ।

থোইবাগী মরৈ লোইবা নাইদে,ৱাহংগা পাউখুমগা কোন্ননা থোরকই, য়াম্না ৱানা তাইশিন্নরবা তুংদা তূমথখ্রে।

মথংগী অযুক্তা শাজৌগী ইমুংগী মী য়ামখৎলক্লে, হেমা অমসুং নন্দনা থুংলবগী তুংওইননা তোমালগা ললিতাগসু য়ৌরক্লম্মী। হেমা নুংঙাইতবা শকফম চেন্নরক্তে, মচাগী খূৎ শমদুনা হরাওনা লাকখি। অচা-অথক কয়া লেম্বীদা শিন্নরগা মখোয়গী কাদা পোত্থানবা লৈশিনখ্রে। নন্দগা থোইবাগা থৱায অমত্তনি হায়নবগুম চেৎনা কোন্নে। তুংথা মাংথা থুংলখিবী তমুবী মবুংগী মশক উবদা নোং খোংবগুম কপ্লে, লাইবক থীবগী পাউদমগা লোয়ননা তেংথারকখি । লেম্বী লাংতক্লরপ মীপুম খুদিংগী নাক্তা লেপ্লম্মী।

শাজৌগী থম্মোয়নুংদা মথূম-মরাঙ হৌরি । হেমা অমসুং নন্দগী নাক্তা লাক্তুনা য়াম্না লূম্না ফমথরকই ।

" ইচাশা, ঐখোয় চেকশিন্না খন্নদবা যাদবা মতাং অমা লৈরে, শিখ্রবা মী অমা হিঙ্গৎলকপগী হরাওবসি মাঙখিদনবা লম্বী য়েংসি। থোইবা য়ূমদা হল্লকপগী নুংঙাইবা লৈতবগুম উই।"

হেমা পন্দে, " ৱাফমদুগীনি ঐখোয়না ঙন্তা লাকচরিবসু,বাজী। খন্নবসি লেম্বীদগী হৌগদবনি।"

" লেম্বীদগী?" শাজৌ নন্দদা মুন্না য়েংঙি, " ঐ ভাব তাদ্রি।"

" ঐখোয় ইমুংসিগী মী পূল্লপ মফমসিদা অমুক্তং ফমখিসি,মদুদা ঐগী ৱারোলসি বাজীনা খঙবীরগনি।"

হেমা থবক য়াঙশিল্লকই। মপান্দা থোইবাগা ব্বারী শান্নরম্বা তোমাল অমসুং ললিতা মরুপ-মপাং খর উনরুনবা ঙাইহাক কোয়থোকপা থোকখ্রে। শাজৌগা তান্নগদবা ব্রাফম কয়া লৈরি হায়রম্মী।

থাবল্লেনা কৌশিনবদগী লেশ্বী হেমাগী নাক্তা ফম্লরে। তমুবীনা থোইবা পুশিল্লকই। চৌকি, মোরা অমদি হিদান্দা ফম্নদুনা মী তরেৎকী সভা অমা হৌরে।

অহানবমক্তা তমুবী মনাক্তা লেপ্লা মচাগী মতৌ থোইবাদা উৎলগা পেন্দবা ফুদোকই, " তাচৌ, চহী তরেৎ-নিপাল মাঙলুবগী মরম ঐখোয় খঙনিংঙি। নিংবা থুংদবা মী খুদিংমক ময়ূম থাদোক্তুনা চেন্নরবদি করম্বা মফমদা লৈবাক সমাজ লিংবা ঙমগনি? মচাশিংগী য়াইফনবা শীনবা মমা-মপাগী মথৌনি, মখোয়গী নীংবা থুংনবা হোৎনবদা মমা-মপা ওইবশিংনা ব্রাজখিবা পূম্বা মশীং চন্নদে। মচাশিংনা তাল্লুবা লন্দি মমা-মপাশিংনা নিজবগুম কপ্লা চায় হায়নবা থুগাইবা য়াদে মতাগুম তাচৌনা ইমা বাজীবু অৱা-ঈপাক্তা লংথদুনা থল্লম্বসিবু করি ধর্ম কৌবগে? লঙজখিবা অশোয়বশিংসিগী নীংঙমদবা মচেৎ অমা ফাওবা তাচৌদা উবা ফংদে। ঐখোয় পূম্নমক ব্রাদবা ঙমদে। তাচৌ,ঙসিদি শেংনা হায়বীয়ু, ইমুংগীদমক ব্রাখল অমত্তা থম্বীররোই খনবীখ্রব্রা?

পেন্দবা ব্রাকৎ-থৌকৎ ময়ামদা থোইবা ইকাইবা নংদুনা শাওদোকখিগদ্রা কিবদগী হেমানা তমুবী খাম্লম্মী," ঙাইখো, হৌখ্রবা ব্রাফম মাঙহনখ্রসি তৌদগদবা থবক খন্নসি।"

তমুবী পেন্দ্রি, হেন্না ইচং থৌই, " তাচৌ লৈরম্লবদি ইমুংসিগী ব্রাথোক লাম্হোক ময়ামসি থোক্লমদবসু য়াই, ঐগী ফিভমসু অসি ওইরম্লোই।"

তমুবী কপ্লা তোক্তে, মশা থক থক নিক্লা শাওই। মতৌ অদু য়েংলগা থোইবা য়াম্না তপ্না চীং-লেম্না হায়রকখি, " তমুবী নঙনা সংসারগী মরাল পূম্নমক ঐঙোন্দা থৈজিল্লবসু ঐ করিমত্তা হায়রোই, মরমদি পূম্নমকসি করিদগী থোকই হায়বা নঙ খঙদে।"

থাবল্লে য়েপ্লকখি, " লাইবক্লা তমখিবা, ঐখোয়সি মপোক থীনা পোক্লকপা।"

" পুন্সিগী থৌদোক খুদিং লাইবক্না থোকহনবনি হায়না তাইশিন্নবগী হৈনবী লৈবা খুন্নাইদা পোক্লুবননি হায়বনা হেন্না চুম্বা পাউখুম্নি।" থোইবা চেকশিন্না ঙাঙলি।

থোইবা লান্দে হায়বগুম কনখৎলকপদা য়ানিংদ্রবসু ময়ামদু নেমথৈ। মখোয়গী ৱাখল উবদা মহাক নুংঙাইজদ্রে,ৱাফম হোংখি, " হৌজিক খন্নগদবা মরমসি খঙনিংঙি।"

হিদান্দা ঙাদুনা ফম্লিবী হেমানা ওক্লম্মী, " তা-থোইবানা কনবীখিবা লেশ্বীগী পুন্সি মপুং ফানা ঙাকপী-শেনবীরো হায়বসিনি ঐখোয়না পুখৎলিবা ৱাফম।"

" থোইবা ইখং খংঙি। মোমোন তৌনা মশাবু ফাথজদুনা তপ্লা হায়রকই, "পুন্সি অমবু মতম চুপ্পগী কনবীবা ঙম্বা তাইবং মী লৈব্রনে? ঐদি মহাকপু খুদোংথীবা অমদগী নাস্থোকহনখিবতনি।"

" তা-থোইবা, নঙনা ঐখোয় ময়াম্বু য়াম্না ঙাইঙমদবা অমা ফাওহল্লে। নঙগী পুক্লিংগী ৱা লেশ্বীনা খঙনিংলি। ৱাফমসি অমুক্তং শেংদোক্ল খিসি। অতৈ লস্ফে ৱাফমদু নুমিৎ কয়ানি চুপ্লা ঙাঙভু, তাগে।"

হেমানা হৌদোক্লিবা ৱাফম শাজৌ, থাবল্লে অমসুং তমুবী তশেংনা খঙলমদবনি। হৌজিক ভাব খর খর তারক্লবদা থাবল্লেনা লেশ্বীদা য়েংলকখি। ইকাইবনা মমায়-মমিৎ পৃমঙাং ঙাংলবী লেশ্বী মপান থোকখ্রে।

" ইমা, লেশ্বীবু খুদোংথীবদগী কনবীখি হায়বা মীশক্তু অতৈ কনাসু নত্তে,তা-থোইবানি।" হেমা শন্দোক্লা হায়বা হৌই। " নুমিৎ অদুদগী লেশ্বী থৱায়-হকচাং পৃম্নমক মঙোন্দা কৎচরগে হায়না লেপখ্রবী নুপীমচানি। ঐখোয়না কয়ারক হন্না তকশিনবদা মানা খুমদনা লৈরকখিবগী মরম হৌজিক্তি খঙনরসি।"

নন্দ থোইবাদা হরাওনা য়েংলগা থৱায় য়াওশিল্লক্ল স্মী, " ৱাফমসিদা লেশ্বীনা ইকাইবা হুন্দোক্তুনা ঙরাং মচেগা লোয়ননা মশাগী ফিরেপ উৎলুনবা মন্ত্রী মোশিলগী বঙ্গলোদা চৎমিন্নখি।"

" হেমা ইবেম্মা ! নঙগীসি চুম্লবনিকো?" থাবল্লে ফন চোংখৎলি, " অসিদগী হেন্না লাইবক ফববু করিনো? অমুক কপ্পা, অমুক নোকপা

পুন্সিগী শক্তম্নি হায়নবা চুম্মিদা। লেম্বী চৎথোকখিগনি হায়বগী ব্রারম্বা পূম্বা কোক্লে।"

শাজৌসু তকশিল্লকই," নুপামচা,নমাগী ব্রাফমসি ঐখোয় পূম্নমক্কীনি।"

থোইবাগী শকফমদা অহোংবা উদে, হায়রকই, "মরাইবক থীরবী লেম্বীবু চঙজফম পীবীদুনা ইমুংসিগী মী অমা ওইনা থম্বীরম্বদা ঐঙোন্দগী হেন্না নুংঙাইবা মী লৈররোই।"

হৌগৎলকপা থোইবাবু নন্দগা চেৎনা কোল্লি। অব্রা-নুংঙাই য়ান্ননা নোকখিবা থোইবা মরু লুক্কা মপান থোকখি। ফমহৌবশিংনা হৌদোক্লুবা ব্রাফমদা মহে য়াল্লগনি খন্নদুনা নুংঙাইবা ফাওনৈ।

থোইবানা লময়াই য়ৌরকপদা অঙাং অনী সনামহী কাচিন্দা পোৎ অমা কন্না মুন্নবা উই। তমুবীগী মচানুপীনা হেমাগী মচানুপাবু ইন্থুরগা পোৎ মুনবীবদগী কন্না কপ্লক্লে। মদু উবদা নুংঙাইত্রদুনা থোইবা খামদোক্লবা চেনশিল্লম্মী। মুন্নরম্বা পোৎতু গনেশ মূর্তি নি, মখূৎ অমসু তেক্লে। থোইবানা তেক্লবা খূৎ য়াওনা মূর্তি খুনগৎলগা য়েংলিঙৈদা অঙাং অনী কিবগুম চেন্নখ্রে। মখূৎ অহুমতা পাল্লবা সের অনী মখাইরোম লূম্বা গনেশ মূর্তি পায়খৎলগা অতেকপা পাম্বোম শমজিন্নবা হোৎনরুবদা থোইবা য়াম্না ঙকখি। করম্না মূর্তিদু ইমুং অসিদা লৈরম্লিবনো,তশেংনা মহাক্কী মমা-মপা গনেশদেব লাৎলব্রা হায়বা ব্রাহংদগী হৌরকখিবা অঙকপনি। খনবা য়াবা খল্লগা মূর্তিদু মহাক্কী তূম্ফম কাদা পুশিন্দুনা য়াম্না চেকশিন্না থোইবানা থল্লম্মী।

থোইবা ময়াম ফমফমদা অমুক চঙলকই। গনেশ মখূৎ থুদেক্লম্বা অঙাং অনী কিবনা মমা-মমাগী মরুম থুপ্পুনা লোৎলি। থোইবা মপাদগী ব্রাহং অমা খঙনিংনা য়েংলকই।

"গনেশ মূর্তি অমা লৈরিবসিবু বাজিনা লাৎনবা থম্বীরিব্রা?"

"ঐনা মদুবু পুজা তৌরুবা নৎত্রগা লাৎলুবা লৈত্রবসু লাইগী মুর্তিনি হায়না অদুম থমখিবনিদা।"

"অসিবু কদাইদগী লৈবীরুবনো?"

"লৈরুবা হায়গদ্রা,পীরকপনি খনগদ্রা,লেম্বীখোয় যূমদগী

পুরকপনি।”

“ লেম্বীনা ?”

“ নত্তে, নমা ঐখোয় অনীনা মখোয়গী ইমুংদগী কোনচাক লৈবদা য়াওরকপনি । লেম্বীগী মপা ইতাও য়ামহেন্না মহাক্কী ইমুংদা অনা-অয়েক য়াওরকপদগী অচিনবা চৎননবা ঐখোয়দা কোনচাক খর য়োল্লকখি। মদুদা মূর্তিসি পোৎহাপ ওইনা পীরকখিবনি। ললোনবীশিংদা য়োনবা মতমদা চিৎথহৌবদগী ঐখোয়না অদুম থমখিবনি।”

তমুবী নিংশিংলকপগুম য়াওরকই,“ সনামহী কাচিন্দা লৈবা মূর্তিদু অঙাংগী শান্নপোৎ ওইনবা পুগে খনবসি অনী অহুন্নক শুরে. হেক্তা কাওরম্বা।”

“ গনেশকী মূর্তি অমা চীংনুং খোংজাই ইমুং অমদা মতৌ করম্না লৈরল্লিবনো ?” থোইবা লুশিন্না খল্লগা হংলকপনি।

“ ঐসু মতমদুদা ঙকখি ।” মপানা হায়।

ঙাঙনরিবা ৱা তাবদগী মপান্দগী চঙলকখিবী লেম্বীনা হাযবৈ, “ ও, মূর্তিদু ঐগী অঙাং ওইরিঙৈগী শান্নপোৎনি । কান্নফম খঙদ্রবা অরূম্বা পোৎতু করম্না পুরকখিবগে হায়বগী ৱারী ইপানা লীবম্বা নিংশিংলি।”

থোইবা লেম্বীদা য়েংঙি, ৱারীদু লিহন্নিংবনি।

“ অহিং অমা ঐঙোন্দা ইতাওনা ৱারীদু লীখি।” শাজৌনা মচাগী অনিংবা য়েংনা লেম্বীগী মহুৎ শিল্লকখি,“ ইতাওগী ৱারীদু শাংঙি,অদুবু ঐ শন্নপ তমগে।”

ইমুংগী মী পূন্নমক গনেশকী ৱারীদা পুক্লিং লূপ্নদে, কান্নদবা লম্ফেনি লৌনবগুম উই। অদুবু থোইবানদি য়াম্না তানিংনা ঙাইরি। শাজৌ ৱারী হৌরে।

“ অনীশুবা লাঞ্জাও মতমগী ৱারীনি। বর্মা দেশতগী মীতোপ তকথোরকপা মতম্নি। লাঞ্জেনবা মীয়াম মণিপুর পাংনা চীংলোন কয়া লান্দুনা লাক্করম্মী। ইনাক খুনবশিংনা মখোয়গী মপোৎ-মচৈ পুবীনবা মী য়াম্না নেক্লে। পোৎ পুবশিংনা শেল য়াম্না য়াম্না ফংনৈ তাবদগী ইতাও য়ামহেম মরুপ খরগা লোয়ননা বর্মাদা চৎলম্মী। কলেৱাগী হিথাংফমদা মীনেক থিবা লাকপশিং ঙাইদুনা মহাক ফম্লম্মী। মশা য়াম্না নানবা পার্সী

নহা অমনা মহাক্কী পোৎ পুনবা ইতাওবু নেক্লে । মখোয় মণিপুর তম্পাক তাবা ফাওবগী ঙাঙনবনি, লৃপা চামদা য়ানৈ। চহী অনীগী অঙাং লেংবান্দা পুরিবা নুপাদুনা মহাক্কী নুপীবুসু তেংবাংনবা কন্না হোৎনজৈ। অরূম্বা পোৎ পুদুনা লমজিংলিবা ইতাওগী ৱাখন্দা থাখাই অমগী তুংদদি ইম্ফাল শোয়দনা য়ৌগনি হায়বসিনি। ইতাও মশাগী পোৎলূম শেন্নবদা মখোয়গী অৱাবা য়েংশিল্লুবা ঙমদবা মতম ওইরে। লম্বীদা অতৈ লাঞ্জেনবশিংসু থন্না চৎনরি। পূম্নমক থৱায় হিংনবা চৈন্নে। চীংজাউ উমংসিদা লৈবা ঈফুৎ,লোক-তাইদগী অফং অফংবা ঈশিং থক্লরকপা, চিঞ্জাক ৱাৎনরকপা অমদি চোকথরবা হকচাংনা মতম শাংনা তুম্নরক্তবনা মরম ওইদুনা লাঞ্জেনবশিংগী মরক্তা মখল কয়াগী লাইচৎ লাকখ্রে। খ্বাইদগী শাথিখিবসি পুকচৎপনি। ইতাওগী খোঙলোয় নুপাদুগী অঙাং নারক্তুনা মঙানিশুবা নুমিৎতা শিখ্রে । মথ্বায় পুঙমদনা মখোঙ থাংলকখিবী মমাসু চীংজাও লাল্লিঙৈদা মপুরোইবদগী বিদাই লৌখি । নহা ওইরবী, মথ্বায়মক্কুম নুংশিজরবী লোযনবীনা থাদোক্লম্লবদা পার্সী নহাদু ওন্না থোইনা,নাপী ফোইদুনা কপখি। ইতাওনা থেন্নগা চিংদুনা পুরকখিদি হায়ববু মহাকসু তুমু থুংলমদাইদা নাবা হৌবক্লে। মহাক্লা পুরকপা অরূ-অপানগী পোৎ মথং মথং হুন্দোক্লম্লে। অদুবু মহাক্কী খাউদা হাপ্পা মখূৎ মবি পানবা শামুগুম মীগুম তৌবা মূর্তি অমদি চেকশিন্না লোযন্নরি। ইতাওদু গনেশকী মূর্তি খঙদবতা নত্তনা হিন্দুশিংগী অতোপ্পা লাইশিংগী মূর্তি অমুক্তা উখিদ্রিবা মীনি। হিন্দুশিংনা মূর্তি লাৎপগী ৱাফমদি অসুম ঙাঙনবা তাখিবনা নুপা অদুনা লাই অদুবু চেৎনা নীংজবদা মহাকসু পোৎতুগীদমক ৱাখল চঙবা য়াওবে। অৱাবা কয়া খাংদুনা লাকমিনখিবা নুপাদু মখোঙ থাংবা ঙম্লক্ত্রে, উখোঙ অমদা করি অমত্তা ঙাঙলমদনা হিপথখ্রে । ইতাও তৌফম খঙদনা মহাকপু লায়কন্নরম্মী। ওন্থোকপনি. মখূৎতা থাঙশাং পায়বা নুপা মরি নারক্তগী ফুৎ ফাওদোরকই । মখোয় দাকু ওইরম্লে, ইতাওনা পুরকপা পোৎ পূম্নমক মুনখ্রে। অনাবা নুপাগী মশাদা য়াওবা শেল তেংনা লৌথোকখি। মখোয়গী মরক্তগী অমনা অনাবগী মঙক্তা য়ানবা খাউ মনুংদগী মূর্তি লৌথোক্লগা থাঙ্গৎ থাঙ্গৎতু য়েংলম্মী,তুংদা লৈমায়দা থাদরকখি। মী লাকপগী খোঞ্জেল তাবদা মখোয় মরিদু উমংদা মাঙখ্রে।

পার্সী নুপাদু করিসু নিংশিংদ্রবগুম মমিৎ উইশিনখ্রে।

নুমিৎ মাপন্নি পোৎলূম পুদুনা লাকখিবা ইতাও অৱামল করিমত্তা ফংদ্রবদা কপ্লিংলকখি। চন্নফম খণ্ডদ্রবা মূর্তি পুদুনা য়ুম হল্লকপদা লম্বীদা ইতাও পুখম, তেঙ্গোৎ খুজাইনচিংবা কোল লিক খর খুল্লকখি। মহাক্কী খোঙচৎতু কোনচাক খর ফংলকপা নত্তনা কান্নফম খঙখিদ্রে। লেম্বীনা ফনা য়াম্না চাউরবা ফাওবা মূর্তি অসি মাগী শান্নপোৎ ওইরকখিবনি।”

শাজৌগী ৱারী তারগা নন্দ অৱাবা শরুক য়াদুনা লুকথখিবদা নুপী মরি য়াওই। অদুবু থোইবাদি ৱাখল অমদা মাঙখিরম্মী। তুংদা মহাক য়াম্না চীং লেম্না পূম্নমক্তা কোয়না য়েংলকখি। শাজৌ পুক্লিংগী ৱাফম ফোংদোকপদা মখা তারম্মী,“ অশেংবা মপু মাবু ইমুংসিদা কৌরকখ্রিবা দেব শক্তি অসিবু লেম্বীনা থোইদোক্না ইকাই খুম্নগদবনি।”

গনেশ মূর্তিদা মমল কানা ৱারী শানরকপদা তমুবী মচাগী শান্নপোৎ ওইনা পুনিংলম্বগী ৱাখল থাদোকখ্রে। মহাক ময়ূমদা হন্নবা থৌরাঙদা হৌগৎলকপগা অরোইবা ওইনা মবুংদা মেল্লকই,“ তাচৌ,খন্নরিবা ৱাফমসি নঙগী পুক্লিংদা য়ানিংলে হায়না ঐখোয় হরাওনরবনিকো।”

থোইবা খুম্লমদনা মপান থোকখ্রে,চীনবান্দদি মোমোন তৌখি।

# ৩৩

নুমিদাং ওইরক্লে, অচীকপনা তাইবং যুমথোঙখুদিংদা খোঙদারক্লে। তোমাল অমসুং ললিতা য়াওনা ময়াম্না মঙোন্দা কন্না তকশিনখিবা ৱাফমদা ইকাইজব্রবগুম মাগী কাদগী ইথোক থোক্লকখিদবা থোইবা চাক চাবা তোকপগা অমুকসু চঙখি। মমাঙগী অহিংদসু ৱারী শানবা ফংখিদবা শাজৌ মচাগী ফম্মাঙদা ফল্লে। মহাক চৈবগুম থেম্বগুম চৎথরকই। থংনবা কা ওইবনা লেম্বী মপা-মচা অনীগী ৱারী শেংনা তায়।থোইবানা বর্মা সরকাবগী মথক্তা লালহৌবা যাওকুবদগী মীবোৎ ওইরকপা অমসুং মহাক লালফমদা শিল্লে হায়বা পাউদগী ইমুংগী মীশিংনা মহাক্কী শ্রাদ্ধ শোন্দোকখিবগী ৱাফম কন্না ঙাঙনবকপা তারগা লেম্বী থম্মোয়নুংদা নিক নিক লাউই। মখা অসুম তাবকপা ৱারীদা থোইবানা ঙাঙবা ৱা মপানা ভাব তাবা ঙমদবা মতাং কয়া য়াওরকই, মদুনা থোইশা ওনহল্লবা মপা স্বব পৌখংলকই। মমাসু হোৎচিল্লক্নুনা পেন্দবা ফেংদোকপা যাওশিল্লে। অদুবু থোইবা য়াম্না ঈংথনা ঙাঙলি। মহাক পিরোইনবা খোজেন্দা হায়জখি, "ঐগী লাইববরা ইমা-বাজীবু য়াম্না নুংশিজৈ, থম্মোয়নুংদা লাইম্নক্লি খন্না লাৎচৈ। পঙলবা নচাগা পুন্সিগী অরানবা খোঙথাং খুদিংমক ঙাকপীয়ু। নখোয়গী লমনবু কৈদৌঙৈদসু নচানা শিংবা ঙমজবলোই। অদুবু, তাইবংসিদা থৌদাং খর পাঙথোকচবা ঙম্বগী থৌনা পাঙ্গল নচাদা পীনবীয়ু।"

থোইবানা মমা-মপা অনীগী খুয়া শোক্লা খুরুমজবা মতমদা লেম্বী থোঙজিন্দা লেপ্তুনা য়েংলম্মী। মমা-মপানা যাম্না নুংশিনা থেমজিল্লম্লগা

খোকখ্রবদা নন্দগা হেমাগসু মখোয়গী কাদা ৱারী শানরম্না লেপখ্রে। লেন্বী চঙলক্লুনা মাগী ফমুংদা হিপথরকখি, থম্মোয়দি তনিক তনিক খাঙলি। মথং অয়ূক্তা থোইবানা করি পাউখুম পীবক্কদৌরি খনবদা তোয়না তোয়না য়াওল্লম্বদগী ৱাখল মযাম্না মহাকপু শুমখিরম্মী; তরঙদা তাওবা সংসাব অমদা মহাক থুংলুরে ।

থোইবা ময়ূমদা হরাও হবাও লৈরকপা মতম ফনা কুইরক্লে। মমা-মপা অমদি অতৈ ইমুংগী মী পূম্নমক তংদা-লৈতারগনি খন্না লেন্বীসু মরক মরক্তা নোকচরম্মী।

নুমিৎতু লেন্বীনা য়াহৌরকপদা শজিবুগী অঈংবা নুংশিৎনা পুরকপা হৈনম লৈনম্না মপান্দা ঙাইরম্মী। হয়িংখোইশিংনা অশাৎপা লৈরাংশিংদা য়োমদুনা ঙংবা হৌরম্লে। মদুগী নুংওনবদি কদাই? নোংপোক চীংদোন্দগী শাপাউ-লানপাউ পুরকপগুম ঈখেং তৈনা তপ্লা তপ্লা হাইগৎলকপা নুমিৎপু মায়োক্লরুবদা মহাক্কী পুক্লিং অফা-অপুন্নবগুম খংপিক পিকশিল্লি। মী খর থোঙ্গান্দগী চেনশিল্লকপা উরগা মহাক ইপা পাখৎনা ইমুংদা লৈশিনগে খল্লুবদা মাঙ্গোল কাখৎলকখ্রবা নোংমৈ পায়বা সিফাইদুনা খামলকখি।

"ঙাইখো। থোইবা লৈব্রা?"

লেন্বী নিকপা য়াওনা খুমদোকখি, "মাগী কাদা তূল্লি।"

সিফাই তরামুক্লা মখোয়গী য়ূম কোযশিনখিবা মতৌ অদুনা থোইবাবু ফাবা লাকপনি খঙলকপদা মহাক্কী অকিবা অমদি হঙ্গোয়বা মিপাইবদা ওন্থোকখ্রে। ইঙ্খোল মচিদা থবক শূবম্না শাজৌ অমসুং থাবল্লে পাখৎলপ লেন্বী য়েংদুনা চেনশিল্লকই। কা খুদিং চঙদুনা থিরুবা সিফাই অহুম থোরকপগা অমনা শাওগৎলৈ।

"খুড়া, নচা-নুপাদু কদাইদা লোৎহনবীখ্রে?"

"ইবুংঙো,মা হৌজিক্তা তূমদুনা লৈহৌবনি।" শাজৌ ইথক থক্কৎলি।

"অসুম কোয়রোৎ লোৎলগা মীচেন ওইনা পুন্সি মাঙহনগদবগী শরুক সরেন্দর তৌহনবীরো। মদুনা ইমুংগী মীশিংগীসু মৈশা কোকহনগনি।"

" য়াম্না হৈনবু নাম্থোকখ্রে।" সিফাই মরক্তগী অমনা হায়, " মখোয়গী গুরুদগী মহৈসিম্দি তমহৌরবা মাল্লি ।"

শাজৌ মখূৎ লোন্নে," বাবু সাহেবখোয়,পুন্সি অমা কনবীবা হায়বসি অচৌবা ধর্মনি। ঐগী ইচাসি অপঙবনি, মাবু ঙাকপীয়ু, মমা-মপা ঐখোয়গী সেবা অমুক্তদি ফংহনবীখো।"

কযা থৌওই-থৌশাদাবগুম হন্না অমুক ওনশিল্লমদনা সিফাইশিংদু চৎখিরম্মী।

" থাবল্লে, নচাদুবু তশেংনা ইমুংদা লৈত্রবা জাৎলনে?" শাজৌ নুংশা থীবা হেনগৎলকপনি," মাবু হেক ফাখিবদা বর্মা জেল য়ৌখ্রগদবনি ঙাওনবি।"

থাবল্লে ইমুংদা কা খুদিং চঙদুনা কৌখি," ইবুংঙো,থোইবা, ইবুংঙো থোইবা!"

শাজৌ শদৌ থোংনা স্বর হোল্লি," চেনখিরম্বা তারে। অহিংদগী থোকখিবম্লগনি। ঐনা হৌগৎলকপদা থোঙ লোল্লমদে। অসুম্না মাবু মীবোৎ ওইনা লৈরগদ্রনে? ঐখোয়না মাবু মহৈ তমহল্লুবসি অকি অখং মবক্তা মপুন্সি লেন্নব্রা? মাবু পোকচরুবসি হন্না হন্না খাইনা মৈচাক পুনব্রা?"

থাবল্লেনা ইমুংদা কপ্পদা লেম্বী যাওখি। শাজৌ ব্রা মখা তারক্তনা পুথ্রীদা ঈকুজবা থোকখিবম্মী। নুপী অনীদি চিংনবা কোক্তবনা কাচিন-কোয়া,কাংখনচিংবদা থোইবাবু থিরি।

শাজৌ মফি হোংবা লোয়বগা হায়,"নন্দগা হেমাগা ইম্ফালদগী কৌকখিগে,অরুবা ব্রাফম লাক্লবনিনা মখোয়গা তানরসি।"

থাবল্লেগী মায়থোং ইমম মল্লে,মপুরোইবনা চাকচবদু য়েংঙমদে, " নচাদুবু স্বাইসিদা লৈরমখিগদবা মাল্লিব্রা?"

"স্বর্গদা চেনখ্রো, পাতালদা লোৎলো, হন্দক্তি ফংনবা থিরগনি, শিদ্রি হায়বা খঙলবনিনা।"

শাজৌ চৎখ্রবা তুংদা মমা-মচা ফুম্বঙনবনা চানি-থক্লি কাউনৈ। চাউরবা যূমদু কনাসু লৈত্রবগুম ইহাঙ হাঙখ্রবদা পুন্সিগী মমল মাঙশিল্লকপগা লোয়ননা মখোয় হিংনিংবগী অপাম্বা লৈশিল্লক্রে।

থাবল্লে পোথাক্কম খঙদনা ৱারবসু চেকশিনবদি হন্দে, হায়রকই, "ইবেম্মা, ইমা ৱা হায়গে, নঙ নীংহল্লবা থক থাদে, মাবু নখূং চনবা হায়রবসি নঙগী থৌনা ৌশিংদা লৈরে।"

"ইমা, ঐগী য়াইফবতা নত্তনা ইমুংসিগী লৈতানবা মরমদু কাউজদে, অদুবু মীওইবসি ইকাইবগী পল লানববুদি লুনা লৌনে ; মানা ঐঙোন্দা ৱাথল ইচঙ-চঙবীদ্রিবসিনি।"

"করিগী চঙলোই, নঙবু ইমুংসিগী মী অমা ওইহল্লকখিবসি মানা নৎত্রবে?"

"ইচে হেমাবু ইকাই-খুম্নবা মঙোন্দগী মাঙদ্রি, ইমুংসিগী মৌ ওইনা অমুক লৈরম্লসি উরগা মশাগী পুন্সিবু মঙদা তাহনখ্রমাক্লে। হায়বদি, ইচেবু ইমুংসিগী মৌ ওইহনগে খনখিবা মহাক্কী ৱাখল্দু থুংলে, অতোপ্পা মৌ অমগী চন্নফম লৈত্রবগুম্মি অসিনি।"

"লেম্বী, ৱাখল্দুনা কদোমদগী? মানা হেমাবু নুংশিজখি হায়বদি নঙোন্দা কনানা তম্লিবা?"

"ইমা, নুপী খুদিংমক মশাগী থৱায় শিন্নগে খল্লুবা মীশক্তুগী ৱাখল পুকচেল ফানবা হান্না হোৎনবনি।"

"হৌজিক হেমা মৌ ওইরে, মচা লৈরে, ইমুংসিগী থোইদোক হেক্তে দাকপা মী ওইরে। নন্দ মঙোন্দগী তাদবা ইচা নুপানি। মদু খঙনা মাগী থম্মোয়বু ফাজিনবা ঙমদ্রবদি মহাক নুপা নত্তে। পুম্নমক্কী মথক্তা ঐখোয়না তাইবংসিদা ঙসি ফাওবা হিংদুনা লৈরক্লিবসি হেমা অমসুং নন্দগী মপান্দগীনি হায়বসি মা খঙখ্রবনি।"

"মদুনা মাগী ইকাইজবা হেনগৎহন্নবা মরম ওইরোইদ্রা?"

"করিগী? ইকাইবগা ইকাই খুম্নবগা পূনশিন্নহনবা লাল্লি। পুন্সিগী লম্বী লম্ফাং য়াম্লনি ; লম্বী অমা থৎখ্রবসু অতোপ্পা অমদা চঙশিন্নে। মদু খঙদ্রবদি লাইরিক তম্লগা লাইশু য়াওদ্রবনি। হৌজিক মাগী অনৌবা লম্বীগী অমম্বা কোকতহন্নবা মৈরা পায়দুনা লমজিংবীগদবসি নঙনি।"

লেম্বী থোইবাগী থম্মোয়বু খুদুম চান্নিংবদগী য়াম্না হেন্দোক্লা ইমুং অসিদগী মক ওইবা থৱায় অমনা তোখাই তাখিদনবা উপায় খনবা লেপ্পক্লিবনি। অসুম নুপী অনীদু ৱারী শান-শাননা শাজৌ হল্লকপসু ৱানা

ঙাইরম্মী।

নুমিদাংৱাইদা হেমা, নন্দ অমসুং শাজৌ জীপ অমদা থুংলরে। ইমুংগী মীশিং পূন্না ফমদুনা খন্নবা হৌই । থোইবাবু মশানা পুলিসতা নোঞ্জহন্দুনা মথক্তা থম্লিবা অফা-অপুনগী খুরৌসি কোকহন্নবা য়াম্না থুনা হোৎনগদবনি হায়বা মখোয পূম্নমক্কী মান্নবা ৱাখল লৈ। মতাং অসিদা থৱায় ৱানা থাবল্লেনা হংলকপা ৱাহং কযাগী পাউখুম পীবদা নন্দনা য়াংথোকহল্লকখি।

" ঐনা ঙসাই বাজীদসু তমজখ্রে,এসঃ পিঃ সাহেবসি ঐগী মরুপ্নি। থোইবা বর্মাদা লালহৌবা য়াওরম্মী হায়বসি মহাক্না ঐঙোন্দা চে উৎতুনা তাক্লবনি । মাবু ফারগা বর্মা সরকারদা শিন্নরক্লবা ইরকপা চেনি। থোইবাবু দণ্ডি পীবা য়াবা অতৈ মরান্দি ইপন পল্লক্তে,শুপ্নতগী লালহৌবা য়াওবম্মী হায়বসিনি। লৈবাকসিদদি মহাক মরাল লৈবা মীশক অমা ওইদ্রি। কেশসি লোয়শিনবীখিনবা ঐগী মরুপ্তুদা হাযজখ্রবনি, তুংদা অমুক চোপহঞ্জবোই হায়নসু ৱাশকখ্রে। হৌজিক থোইবাবু ফাবা সিফাই অমুক যূমসিদা লাক্লরোই ।"

" মশানসু হায়ঙহনগদবনি। মহাক হৌজিক ঐখোয়গী ইরক্তগী লাপথোকখিবা য়ারবোই।" থাবল্লেনা শমথৈ।

শাজৌ ইখং খংনা থাবল্লেদা য়েংলকই," মাবু হঞ্জিল্লক্লম্লব্রা?"

" হঞ্জিল্লক্তে, কোয়থি থিরুগদবসু ইকাইজরে।" থাবল্লে ৱারৌবগা অশাওবগা য়ান্নরবা স্বব হোল্লি। " মাগীদমক ৱারকপসি কুইমল্লে।"

" হৌজিক যূমসি থাদোকখিরম্লবদি মফম কদাইদা লৈরম্বা য়াই ?"

লেশ্বীনা শাজৌগী ৱাহং অসিমক পুক্লিংদা নৈনরম্বনা মত পীবদা পন্দে, " মন্ত্রী মোশিলগী খুন্দা, তেশিলগী নাক্তা।"

" মফম অদুদা মহাক হান্নসু লৈরম্বগী পাউ থানাদা লৈরমফম থোকই হায়বা নিংশিংলমগনি, অতোপ্পা লোৎফম য়েংলম্লোইদ্রা?"নন্দ মুন্ন খনখি।

লেশ্বী য়ানিংদে," বর্মা জেলগী অৱাবা অমদি মথোঙ চাদবা মোশিল খঙলম্ফম থোকই। মরম অদুনা মন্ত্রীগী শক্তি শিজিন্নদুনা মাবু ফাহন্দনবা

হোৎনরোইদ্রা? করিগুম্বা খুল অদুদা লৈরমদ্রবসু তেশিলনদি শোয়দনা মহাক্কী লোৎফম খঙগদবা মাল্লি ।"

" নুপীমচা !" থাবল্লে লেম্বীদা ঙক্তুক য়েংলম্মী," থোইবাগা তেশিলগা .....?"

লেম্বী খুমদে,মহাক্কী মিৎ অনী নীংবা কায়বনা লৈমায়দা চিংথখি।

শোয়রে হায়বগুম শাজৌ শমজিল্লকই," শারিঙৈদা য়ৈহৌসি, হয়েংমক মাগী খোঙ্গুল লীনবা হোৎনসি, ইচাশা।"

শাজৌগী ৱাফমদু অরোইবা ৱারেপ ওইরে। নন্দ থৌরাঙদা লৈরবগুম হায়রকই," হন্দক্তা ঐখোয় মেলেরিয়াগী থৌরম অমদা খুন্দু য়ৌরুই, জীপ ফজনা চঙবা য়ারবনি।"

ইমুংগী মী খুদিংমক থোইবাগী ৱাখন্দগী লাপথোকপা ঙম্নদে, লাংতক্লবগী চাং কনাগীনা হেল্লি হায়বদি ঙম্লোই। মখোয় নোংঙানবা য়াম্না ৱানা ঙাইনখি ।

মথং অমৃক্তা নন্দনা হেমা অমসুং লেম্বী জীপ্তা পুদুনা বর্মাগা তাইনবা ঙমখৈ নক্লা লৈবা লাম্পী খুল তম্লক্লম্মী। জীপ মনুংদা হেমাগী অঙাং অযাম্বা মতমদা লেম্বীনা শেন্নে।

খারম চীংশাংগী শুক্লবা উমং লম্বীদা নন্দ য়াম্না চেকশিন্না জীপ থৌরম্মী। খুরবা লম্বীগী ৱাংল-ৱাংলবা লৈরাইশিংদা ঙামথরক্লিবা খে, পরেং,উশোই, লৈহাওনচিংবা উজাউশিংদগী ক্বাক্লে,খোঙ্গনমেল্লে, য়েরুমলৈ,শমজীরৈনচিংবা মচু কয়াগী উরৈশিংনা চরোং চরোং য়াম্থদুনা শাৎলি। লম্মেনা কোকহল্লবা চীংমায়শিংদনা য়াইপলসু মখোয় লৈরি মতাগুম চোংথোরক্লে, পূমঙাল ঙাল্লে। মরক মরক্তা নুংশিৎনা পুশিল্লকপা লৈহাও লৈনম্না গাড়ী মনুংগী নুপী অনীগী পুক্লিং নৌহল্লরি। চাক্তাবা থোরকপা লময়েনশিংনা লোৎফম থিবদা লাংতক্লে। তেনৱা অমদি লমখুনু শঙ্গু শঙ্গু কাইদোংফম ফবা উমং তম্মরি। শজি,লমহূই,শফু, মোইরাংশাথিনচিংবা শাশিংনা নন্দগী জীপ মমাঙদা তুবৎ তুবৎ চেল্লম্মী। গাড়ীগী খোঞ্জেল তাবদা অকি-অখংগা লোয়ননা উতোন অমদগী উতোন অমা লান্না অথাপ্পা চীংমায় নাপোম তম্না চোংনখ্রিবা য়োংয়ামগী মতৌ নুংঙাইবা কুমহৈনি। গাড়ী মনুংগী নুপী অনীগী মিৎতা নুংঙাইহনবা শক্তম

অমগী মথংদা অমা লাকই । অদুবু মখোয় নুংশিৎকী শহুম খাঙবদা ৱারবা লফুশিং অমদি কোক কোক্লা চাকথোকখ্রবা উপাল ৱাপালশিংগী খোইশাওনবসু উদবদি নত্তে। লেম্বীদি অয়াম্বা মতমদা মখা মায়কৈদা শন্দোকখ্রিবা মহাক্কী পোক্লফম চীংজাউ পরেংদু উবা ঙম্ব্রা হায়না য়েংখি। অঙ্গো চীংনা থৎতুনা থম্বা, মাক্লং তুরেলনা থেক খোইনা মনীং তম্মা চেল্লিবা অচৌবা তম্পাক অদুবু উরগা নিংশিংলকপা খরনা নুংদা ঈহৌহল্লবসু লমন খুম্নিংবগী মৈরি অমা মঙোন্দা হৌরক্লম্মী। অসুম মথং মথং য়েংলকপদা ওজা থোইবাগা মহাক্কা অহানবা উনখিবা লৌকোন্দুবু য়াম্মা ৱানা লাকশিনবা ঙমখি,মৌবী চীংমায় ওইখ্রবনি।

লাম্পী খুলগী পন্থোং ফাওনা নন্দ গাড়ী থৌজিল্লক্লে । খুলগী ময়াইমক্তা লৈবা থেল অমদা মহাক গাডী খাম্লগা কূমথবে।

“ লেম্বী, নঙবু তেশিলখোয় য়ূমদি খঙব্রা ?”

“ খঙদে, ইতৈ।” গাড়ীদগী কূমথরকপী লেম্বী মায়কৈ মরি লৈদুনা য়েংঙি, অৱাংলোমদা খুলগী চিদাই ওইরপ খুদোম্বী থিন্দুনা হায়,“ ওজাগী লৈফম শঙ অসিবুদি খঙঙি ।”

লেম্বীনা অহিং অনী পনখিফম শঙ অদুবু নুংশিজবতা নত্তনা থোইবা লৈরমগদবোই নীংদুনা মুন্না য়েংলম্মী। অপিকপা অঙাং তরামুক চেল্লক্তুনা জীপকী অকোয়বদা লেপ্লে। মথক অমদি মখাগী য়ূম অনীদগী হূই অনী অৱায়-অখুমদা খোংলকপা অমদি য়েনশিংনা তান্নবগী খোঞ্জেন্দুগা তারমদ্রবদি খুলদু পূমচীক চীক্লবনি।

নন্দনা অঙাংশিংদা ওনশিন্দুনা হংখি,“ তেশিলখোয় য়ূম করম্বনো? মন্ত্রী মোশিলগী ?”

পাউখুম পীদনা অঙাংশিংদু তুংলোমদা অসুম অসুম হন্দোকখি। হেমানা মিঠাই খূবাম অমা লৌরনবা কৌশিনবদা মখোয় চানিংনা য়েংলবসু হেন্নদুম লাপথোকখি । মায়োক্লবা য়ূমগী লাইখন্দা লাইবক্লা লৈমায় শোক্লবগুম ফক শারিবা হনুবা অমগী মনাক্তা চৎতুনা নন্দনা ৱা খর হংলুই। মহাক পরপ পরপ অমুক হল্লক্লে।

“ খুলগী মী পূম্নমক লৌদা পাম খূনবা চৎনখ্রে। তেশিল হায়বীদুসু লৌ চৎপা য়াওখ্রমাল্লি। থোইবাদি মশক উখিদে, লাকখিবগী পাউসু তাদে

হায়।"

" তেশিলগী লৌ কয়া য়াম্না থাপ্লমগনি?" হেমানা হংলকখি।

" গাড়ী চৎপা য়াদবা খোঙ লম্বীদা পূং অমরোম হাইথগদবনি, লৌকোন্দুদা মাগীনা খ্বাইদগী মথক ইথং থংবনি হায়।"

" ইচে ৱাগনি, অঙাংগা য়ূম অমদা পোত্থাদুনা লৈবীহৌবনা ফরোইদ্রা?"

নন্দ লেম্বীগী ৱাফম য়ানিংনা হেমাদা য়েংলম্মী।

" হুং য়াদে," হেমা মঙক হাই, " মহাক মফমদুদা লৈরম্লবা, অদুগা হনখ্রসি য়াদবা থোক্লবা, মতমদুদা মাগা ৱা ঙাঙনবগী থৌনাসি ঐনা নখোয়দগী হেনগনি।"

অঙাংশিংনা তাকপা লৌ লম্বীদা নন্দনা মচা পমদুনা মাঙ থারকই।

পূং অমা হুমাংনা পূংলূপ লূপ্না চৎলবা তুংদা অচৌবা পামগী লৌকোন অমদা মখোয় থুংলরে, অদুবু অহাঙবা মফমদুদা লেম্বীগী পুক্লিং য়াম্না লাঙতক্লে। মৈনা তুমহনবা ঙমখিদ্রবা পামশীং পৈশিল্লম্বী নুপী অমনা মখোয়দা য়াম্না ঙক্লা য়েংলক্লম্মী। মমায়-মমিৎ হামুক্লা মমখ্রবা মাগী মশকপুদি কনানসু খঙবা ঙমফম থোক্তে। নাকন্দা থাঙ হাপ্লা পাই য়ানবী নুপীদু অঙৌবা ময়া উৎনা মখূৎ হাইরক্লম্মী। খ্বাংচেৎকী ফিজিনা মমায়গী হুমাং অমদি হামুক তৈথোক্লগা য়াম্না থুনসু চঙশিল্লক্লি।

" লেম্বী ! ঐগীসিবু মঙলনে? নঙনা ঐবু মঙগী থৌদোক কয়া পরেং ওইনা থেংনহনবসিদা ঐ ইঙাও ঙাওরে।" ডাক্তর অমসুং হেমাবুদি পাক-হেক কৌবা ঙমদবনা নুপীদুনা য়েংবা হন্দ্রি।

নন্দনা লেম্বীদা লৈশিল্লকখি," ইবেম্মা লেম্বী, অসিবু তেশিল হায়বীদুরা?"

খোঞ্জেল ফাত্রবী লেম্বীনা মঙক নোম্লকই," মানি ইতৈ।"

" তেশিল ইবেম্মা, " নন্দনা কৌই, " মন্ত্রীগী মচন্নবু অসুক কন্না থবক শূব্রনে?"

তেশিল নোক্লকই, নোল্লুকপসু উৎলি,"তাইবং মী কনানসু খোঙদানিংদ্রবা লমসিদা অসুক ৱানা লাকপসি উরগা ঐবু মঙনি খলহনবীরে।"

" নগুনগা শিনফমগা চানদ্রে ।" নন্দ শেংনা হায়বনি, চিরোল য়াওদে।

" ডাক্তর সাহেব," য়ৌশিল্লক্লবা তেশিল হামুক্কা লোয়ননা চেন্থরকপা হুমাং তৈথোক্তুনা হায়," পামলৌ শূরগা চরা তাঞ্জবা ঐখোয়গীদমক নুংঙাইবীদব্রা ? অসি নত্তনা ঐখোয়গী হিংফম অতৈ লৈতবনা উমং কোকথোকপগী অমাংবশিংগী মরমদা খোল্লাও কয়া থোরক্লবসু ঐখোযগী নাদা হাপ্লুদ্রে। হিংবনা হেন্না মরু ওইবনা উমং মাঙহল্লগা হামুক মবক্তা য়াওন্নবসি থাদোকপা ঙম্নদ্রি।"

" ঐ শিনফম অমত্তবু হন্থনা খঞ্জদে,নোক্লকুবসু লৈজদে। ঐগী ৱাফমদু নঙনা লান্না লৌবমাল্লে। ঐনা হায়জবদি মন্ত্রীগী মচলদি নুংঙাইনা লৈফম থোকই অসিনিদা।"

তেশিল মাযথোং শীন্না নোকফেৎ তৌখি," ডাক্তর সাহেব, ঐনা মন্ত্রী ওইরবদি ইবুং-ইপ্বা,ইচিল-ইনাও অমত্তা ঐঙোন্দগী তাংদুনা চাহল্লোই।"

ডাক্তরনা নুংদগী নোক্লকপা হৌনা মপান ফাওখি।

" অদুবু ঙাইহাক পোংথাখিসি ।" হেমা পবীংদা লাকহন্নবা হোংনৈ।

" অসুম্না মফমসিদা ইচেখোয় লাক্কনি হায়বা থাজফম থোক্লিব্রা? ঐখোয় খুল মায়কৈরোমদা গাডী মখোল তাখিবদু মন্ত্রীগী কাঙবু লাক্লমগনি খল্লবনি। অরুবা খোঙচৎতা অরুবা পাউ লোয়নগল্লি। ঐ মরম হংগদবসি হঙ্গোইববনি।"

" ঙাইহাক ফম্মিন্নসি। ঐখোযনা লুনা খল্লক্লবসু নংনা লায়হনবীগনি।"

" হামুক মরকসিদগী কান্নবা, তোংজবা কবিবু আশা তৌরুনিঙাই লৈগদগে?"

" নঙবু উনবা ফংবসিদগী হেন্না নুংঙাইজবা লৈত্রে । " লেম্বী য়াওরকই।

" লাইবক ফরবী অমনা থাঙ্গৎপীবা মীশক্তু য়াইফরবনি হায়দনিঙাই মরম লৈরোই।"

" মরম অদুনা ঐখোয় নতেং থিরক্লি।"

ডাক্তর তেশিলগী খৌরাংবা খঙনা মরক থৎলি, " ইবেম্মা তেশিল, ঐখোয় থোইবাগী খোঙ্গুল লীরকপনি।"

" ওজা থোইবা !" তেশিল খংব্রেক খংই, " মহাক্তি ময়ূমদা, লেম্বীনা লৈবা ইমুংদা লৈহৌরবদাইনে?"

" অমুক হঞ্জিল্লক্ত্রে। মফম খঙদনা মাঙখ্রে ; অসোমদা চৎলমগদ্রা খন্নদুনা থিরকপনি।"

" ওজা থোইবানা খোঙদাবা চীংনুংগী খুল য়াম্মি। ঐবু চিংনবীব্রা?" তেশিল লেম্বীদা হাইফেৎ য়েংখি, লৈমায়দা মখূৎনা খোৎলি, " মহাক লাক্তে। কৈদৌঙৈদগী চৎখিবনো ?"

" ঙরাং নোংঙাল্লকপা মতমদগী। ইমুংগী মীশিংনদি মহাক তূন্লি খন্নরুবনি, অহিংদগী চৎখিরম্বসু য়াই ।"

" মহাক মফমসিদা লাক্কনি হায়বা ঐ থাজদে। করিগুম্বা লাক্লম্বা থোক্লবসু ঙসি নুমিদাংব্রাইরম থুংলগনি। খোঙনা কন্না চৎপদা নুংথিল অনীগী লম্বীনি।" তেশিল ব্রাখল অমদা মাঙলুই, " মহাক্লা অমুক য়ূম থাদোকখ্রিবদি করিগীনো?"

" মরমদু খঙলবদি ঐখোয় থিরক্লমদবসু য়ারবনি।"

" অদুম্মা হায়বীগনু, পেন্দবা মী য়াওগনি । অহল-লমনশিংদু লৈঙমদনা ব্রারিবনি।"

লেম্বীগী থম্মোয়দা করিনো অমনা দং য়ৈরৈ, হায়রকখি, " মহাকপু থিরকপসিদা ব্রারৌবা মীসু লৈরমগদ্রা খল্লুরগা নুংঙাইজদে।"

হেমা নন্দদা য়েংলম্মী। ঙাইহাক তুমিন তুমিন লৈনৈ।

নন্দনা হায়, " ঐখোয় থোইবাগী পুন্সিবু পাম্মুজবা মীশক ঙাক্তনি। মহাকপু অকোকপা, অশেংবা লম্বীদা পুথোকসি। ইবেম্মা তেশিল, তাঞ্জা অসিদা নঙগী নতেং পাম্মি। ঐখোয়দা অমুক্তং তাকপীয়ু – থোইবানা মফম অসিদা লাক্লুবদি করম্বা মফমদা লৈরম্বা য়াই?"

" ওজা থোইবাগী থম্মোয়নুংদা শিৎলিবা অকনবা নোংলৈ-নুংশিৎকী শহুম ঐ ফংখ্রে। ফনা হোৎনজবনি, মদু নেমথহনবা ঙমখিদবনা ঐসি মতিক চাদবীনি খল্লুবদা চাকচরি। থবক্তু লেম্বীদদি লাইনা থোকপসু য়াই খন্দুনা মঙোন্দা শিন্নজখ্রবনি। মহাক্কী হোৎনবা মহৈ য়ানসনু। মরম

অদুনা মহাক্কী লৈফম ঐনা খঙফম থোক্তে হায়বসি য়াবীয়ু।"

হেন্না মকশিনখিবা তেশিলগী মায়থোং য়েংলগা হেমা নিংঙমদবা ফাওই ; থেমজিনবগী ৱাহৈ থিরম্মী," নঙগী নফমদা মহাকপু থিরবসিনা পূম্নমক্তগী থোইরিবসি কনানো তাক্লি হায়বসু য়াবীয়ু।"

"থাগৎচরি । অদুবু .....।" তেশিলগী পি খজাইগী হামুক ফাওনা ঈরম শেন্নকই।

"অদুবু .....?" হেমাগী মিৎলুদসু ঈহৌরক্লি।

"ঐনা ওজা থোইবাগী মথক্তা নল্লিবা কেশ লোইশিনহন্নবা ইবুং মন্ত্রীগা লোন্না তানৈ ; মহাক্না হেন্না থৱায় য়াওবীখি, তাঞ্জা য়েংদুনা লাকখি। অফা-অপুনগী চিংনবা লৈত্রবা মতমদা ঐনা মহাকপু ময়ূমদা পুবগা অহল-লমনশিংগী মফমদা শিন্নজগে থৌরাঙজরুবনি। মদুগী লমন্দা ঐবুসু মখোয়না লৌশিনবীগনি হায়না শাগৎচরুবা আশাগী দলান নিংখাইখ্রে ।"

"কবিগী নিংখাইকনি, মহাক অসিদা লাক্লগনি।" লেম্বী মমায় ঙাংঙি। "তেশিল, ৱাখল থেনবী ঐবু ঙাকপীয়ু। কৈ মচা চাউনবা য়োক্লগা হঞ্জিন্দুনা খোৎলবনি; অসূক ফত্তবী ঐসি হিংদবনা ফরবনি।"

"ঙাইখো লেম্বী, নঙনা ঐনা ওজা থোইবাবু নুংশিজবা চাংদগী য়াম্না হেন্না মহাকপু নিংজখিবী নুপী কয়া অমসু লৈরম্বা য়ারি খল্লুরগা ঐ মঙোন্দগী লাপথোক্লবা পাঙ্গল ফংখি। অনৌবা থৌনা অদুনা মহাকপু নঙোন্দা শিন্নরম্বা ঙমখি। ঐঙোন্দা লৈরম্বা মাগীদমক কল্লক-মীহৌবা পূম্নমক চিৎথদনা অথুপ্পা লৈতনা ঙসি শাদোক্লিবা ৱারীসিনা নঙবু খর নুংঙাইহল্লোই খঙলবসু অশেংবা থম্মোয় উৎথোক্লবা তাঞ্জা অমা ফংবসিদা ঐ লাইবক ফরে লৌজে।"

"মীওইবনা মমল য়াম্বা পোৎ কয়া নিনৈ, নুংশিবদি নিনদে। মপুনসু পীথোক্লদে। ঐ য়াম্না ইকাইজরে, ঐবু ঙাকপীয়ু।"

"লেম্বী, নঙ ঐবু ৱারৌরে ; মদুনা ওজা থোইবাগী পুন্সিদা অকায়বা ওইহনবদি ফরোই। মহাকপু অৱা-মৈচাক কুইনা খাঙলক্লবা মমা-মপা অনীগী সেবা তৌহন্নবা হোৎনবা নঙগী থৌদাংনি। লাইবক থীরবী ঐগী পুন্সিদি শিন্থরকপা হুমাংগী ঈচেন্দা তাওথদুনা সমুদ্রগী মায়কৈ পাংখ্রগে।

অদুবু ,ওজা থোইবাগী মফমদা নঙনা অসিমত্তংদি কাউবা লৈতনা তশ্বীয়ু — মহাক্কী পুন্সি ৱারীলক্তা চিন্নদনা কেমখ্রবী লৈরাং অমগীসু য়াওহল্লকউ।"

হেমানা তেশিলবু চিংখৎতুনা কোনবদা লেশ্বীসু য়াওরকই। অহুম্মক্কী থম্মোয়গী ঈফুৎ পাথোরক্লে,থিংবা ঙম্নদে।

নন্দ নুপীশিংবু ইকাই খুম্নবদা ঙাইহাক লুকথরুবদগী মঙক থাঙ্গৎলকপদা অঙকপনা চিংখৎখি। থাঙ পাযবা নুপা অহুম মখোয় তম্না চঙশিল্লক্লি, করেম্নদুনা খাক্লা খাক্লা নোক্তুনা তুমহল্লগে মতাগুম য়েংলকপনি।

মাঙথংবা অৱাংবা নুপাদুনা লাউবকখি, " ঙসিদি কনানো নঙবু কনবীগদবা, য়েংলসি। নঙবু থিবগী অৱাবা হৌজিক্তি কোক্লগনি।"

খোঞ্জেন্দু খঙবনা লেশ্বী চপ লেপ্তুনা য়েংলশ্মী,শকফম ওনখি। লৈমায়দগী শের লূম্বা নুঙ অনী মখূৎ ওই য়েৎনা তাপ তাপ পায়খৎলগা লাউখি, " পাপী, চঙশিল্লক্নু । নঙনা ঐবু ফাবা নতিক নত্তে ।"

হেমা তমথীববা নুপা অহুমগী মশক উবদা কিবনা মচা চেৎনা কোনশিল্লশ্মী, ইপা পাখৎলি, " লেশ্বী,মখোয়সিবু কনা কনানো?"

" ইচে ঐবু ফাগদবগী তান্নরিবা মমাং হায়বদুনি,অনীসি মাগী মীনি।" লেশ্বী থুজিল্লকখি।

" নঙনা কনানো ? লৌনম চাউবা ওজাদু যা ওদ্রা ? মথৌনা লৈরবদি অমুক্তং কলহনগে ।" মমাংনা ঙংলকখি।

নন্দ ভাব অমত্তা তাদে অদুবু চেকশিন থৌবাঙদা নাকন্দা তাবা অশাংবা চৈদা য়েংলশ্মী।

" নুপাসি হান্না লোইথোকসি।" অহুমদু শেংনা লান্দবকপনি।

নন্দনা চৈ খুনগৎপগা তেশিল পাইদগী থাঙ শৎলশ্মী। লেশ্বীদি মখোয অনীগী ময়াইদা নুঙ অনী চেৎনা পায়দুনা শীংলি।

" ইবুংখোয় অমুক্তা তপথবীখো, ঙাইবীখো। অসিবু কবি মতৌনো ! " হেমা পাখৎনা লাউই।

**হেমানা হায়জবা অরেম্বা তাই, লাল হৌখ্রে। তেশিলনা নুপা অমগা থাঙ্গা থাঙ্গা মুক্লে। মমাং লেশ্বীদা খূৎ পাক থাবা ঙমদে, নুঙ অনীদা মুন্না য়েংলগা মখূৎকী থাঙ হাইগৎকে হাইগৎকে তৌই। নন্দসু চৈগা থাঙ্গা লাইবক য়েংনরি। মপুরোইবা শোয়খ্রিগদ্রা নুংশা থীজবনা লাল্লক্তা**

চেনশিল্লকপী হেমাবু লেশ্বীনা থৎলম্মী। শিবা চঙববগী লালফম্নি,শাগা খেন্নদ্রবা মতমসিদা চীংথক্তগী খোঞ্জেল অমনা লাউরকপা তায়।

" ঐখোয় লাক্লে। লমহেনবশিংদু লেম্মা থারোই,তুম্মা মাঙহনগনি।"

লান্দারবা নুপা অহুম মমায় লৈদুনা চীংখারোমদা চোং চোংদুনা চেন্থখ্রে। অকনবা খোল্লাওগা লোয়ননা হোৎথরকপা নুপাদু উরগা নুংশা শবী হোল্লিবা ময়ামদু ইঙক ঙক্লে।

" তা-থোইবা !" হেমা কপখি।

" ওজা থোইবা !"তেশিলসু ঙকচানৈ।

লেশ্বী শ্বর থবেৎ থবেৎ হোন্দুনা থোইবাদা য়েংলি,অদুবু অকিবদি মাংখ্রবগুম্মি।

থৌনা হাপ্পবা নন্দনা মখূৎ পায়নবা লাম্লকই, " থোইবা ! "

মমিৎতা ঈ কানা শাওরবা থোইবা কনাদসু ওনশিল্লমদে। তেশিলগী খূৎতগী থাঙ তাপ লৌরগা লমহেনবশিংদু তান্নখি । য়েক্লবা অহুম্ম মথন্তগা করম্মা পানগদৌরি খল্লুরগা লেশ্বীসু মহাক্কী মতুং ইন্নবা চেন্থগে তৌবদা হেমানা মখ্বাংদা কোল্লগা ফাখ্রে । তেশিলনসু মখূৎ পায়দুনা খাম্লম্মী । 'থাদোকপীয়ু ' 'থাদোকপীয়ু ' হায়না মহাক ফ্রিং ফ্রিং চোংদুনা লাউরি।

লেশ্বী অসুম লাউই, অসুম লাউই, পাঙ্গল ফুদোক্তুনা নান্থোক্লবা হোৎনৈ, কপ্পা কপ্পা লাউই। মমৈথংদা মহাক্কী খোঞ্জেন্দু অসুম পিকশিল্লকপগা লোয়ননা মমিৎ পাঙথোরক্লে। মহাক তাইবংদসু লাউরি অদুবু নিকপনা হেনখিবনা খোঞ্জেল থোক্লমদে। শাঙলবা মঙ অসিনা ইঙাও ঙাওহন্দুনা তাইবংবু লাকশিনবদা ব্রানা থোকহল্লে । মহাক অকি-অখংদগী নান্থোক্লবগুম পোত্থাবগী স্বর শাংনা হোন্দুনা শোল্লকই – 'ঐগীসিবু মঙলনে ?'

মহৌশানা য়াহৌ ঙনগনবী লেশ্বী ঙসিদি থেংতক মীকপ থোরকপসিনা তয়াং-তশোইহনবতা নত্তনা মঙগী থৌদোক্লা ফং-ফং শাগৎহল্লি। থোইবাগী পুক্লিংগী ব্রা খঙনিংবগী খৌরাংবনসু লাংতক্লবা অদুম চেন্নরি। হৌগৎলগে খন্দুনা মখূৎ হাইদোরকপদা মোন ময়া ওইরপ

অকনবা পোৎ অমদা থেংলুই, ঙক্লা য়েংলুবদা গনেশ মূর্তি ওইরম্লে। মূর্তিনা চে অম্না নন্দুনা থল্লম্বদুনসু খর হেন্না মাবু থম্মোয়নুংদা থুক লাউহনখি। মহাক চে লৌখৎতুনা য়েংঙি, ইরিবা মরোল শেংনা উনবা খোঙনাউ হাংদোক্লম্মী।

লেশ্বী,

নঙ ঐগী অনীশুবী ইচলনি, য়াম্নসু নুংশিজবী। ঐনা হায়বা ৱা নঙনা হিক্তোক্লোই। অৱাবনা মশরুক ওইরক্লবা ইমা-ইপাবু নঙনা কয়াগী মতিক নুংশিনা সেবা তৌরক্লি, তুংদসু তৌখিগনি খল্লরগা ঐ নুংঙাইজৈ, ঐগী ৱাখল পোত্থাজবা ঙম্লগনি।

ঐনা নখোয় পূম্নমক্কী অৱা-নুংঙাই খুদিংমক্তা শকক য়ামিন্নরি হায়বসি নিংশিংঙু। নখোয় ঐগী থম্মোয়নুংদগী কৈদৌঙৈদসু লাপথোকখ্রোই। নুংশিবা কৌবা খম্বা নাইদ্রবা লম্বীসিদা অসুম লাকপদা লমদনফম থোক্লদুনা পাম্মুজরবা নখোয় পূম্নমক্তা অমুক হন্না উনবা ফংবগী তাঞ্জা অসিনা এবু চাউনা অনৌবা পাঙ্গল অমদি থৌনা হাপ্পীরে। পুন্যগী মশক ওইরবী নঙগী সঙ্গনা ঐগী পন্থুং য়ৌবগী থোঙ লাউনা হাঙদোকহল্লে। কয়াদা লাইবক ফরবনো ঐসি, মতম কুইনা লাইনিং ওইজবক্লবা থবক খরদি পাঙথোকপা ঙম্লগনি। ঐ মায় পাকপগী খোল্লাও পুদুনা নখোয়দগী লাপথোক্লবনি।

ইবেম্মা, নঙোন্দা ঐনা য়াম্না মরু ওইবা ৱাফম অমা শিন্নবি, তরাইনা লৌগনু। নঙগী শান্নপোৎ অচম্বা মূর্তি নত্তে,পীনহৈবা গনেশ দেবনি। পেনবীরবা ভগবান মানা উৎপীরকপা থৌজালসি ফিগাও শানা লৌশিঞ্জরগা মানা পামজবা থবক্তা শিজিন্নসি। অসিবু মখূৎমক্লা লাম্থোকপীরক্লবা থৌজালনি করম্না হায়রোই, ঙক্তনিঙাই করি মরম লৈরি? নঙগী শান্নপোৎ মূর্তি সনা ঙাক্তনি। নঙ অচৌবা লনগী মপু ওইরবনি। অদুবু,নঙোন্দগী য়াম্না হেন্না, মপান নাইদ্রবা লনগী মপু ওইরবনি ঐসি। মরমদি ঐ ADAM ফংলে, মূর্তিগী মনুংদা য়াওরম্বনি। পোৎশকসি ঐনা লোন্না লৌবনি খনগনু, তশেংনা নঙোন্দগী নিজরবনি। ADAM করিনো হায়বা নঙ খঙলম্লোই। কোন্না খঙলো, মানা পাঙথোরকপা অচৌবা থবক উরগা। ঐনা হৌজিক্তি নঙোন্দা তাক্লম্লরোই। তাইবংদা

মানা তৌরকপা অফবা থবক্লা মাগী অশেংবা মশক উৎলকসনু। মরমদি মসি ঐনা বাস্ত্রসঙ্ঘদা শিন্নখ্রগদবনি। থৌদাং অদুগীদমক ঐ চৎলবনি।

লেশ্বী, ইমুংসিগী থৱায়শিংগী মরী নঙনা থদৎতুনা মাঙহল্লোই। মরী অসিবু নঙনা চেকশিন্না ঙাক শেন্নবা নঙবু ডাক্তব নন্দগী খূৎতা ঐনা শিন্নবন্নবনি।

ইবেম্মা, নঙ থম্মোয় শোক্লা ৱাগনি খঙলবসু তাক্তবদি য়াদ্রে। নন্দনা খঙদ্রিবা অনাবা অমা হেমানা পুবে। নহাল হোস্পিতালদা হেমাবু লাযকন্নবিঙৈদা ঐ বেবেন্দাদা নাইতোম ঙাইহাক লেপ্লম্মী। মতম অদুদা মহাকপু যেংলম্বা ডাক্তব অনী থোরক্কুনা ৱারী শানবগা চৎখি। মখোয়গী ৱারীদুনা ঐবু যাম্না ৱাহল্লম্মী ; মরোল হেন্না খঙনিংবনা ঐ মখোয়গী কা তম্না তান্নরগা হংলুবদগী মহাক্কী অরুবা অনাবসি খঙলকপনি। মখোয়না মপুবোইবা ডাক্তর নন্দদসু তাক্লিংখিদে। হেমাগী অবোইবা মতম নক্লে। মবম অদুনা নঙ হেমাগী অঙাংগী মমা ওইবা ত্যরে, লোযননা ডাক্তর নন্দবু লুনা সেবা তৌ। নঙগী শান্নপোৎনা পীবা লন পূন্নমক হেমাগী মিংদা কৎথোকপগী থৌনা লৈয়ু।

চিঠিসি নঙখক্তনা পানবা ইবনি। অরোইবদা ঐনা অমুকসু নিংশিংলি; নখোয় পূন্নমক্কী নুংশিবা পুরগা গুরুনা উৎপীবম্না লশ্বীসিদা চৎলবনি।

নঙগী নবুং
থোইবা

চিঠি পাবা লোইবদা লেশ্বী মকোক ঙাওই, উক-উক লৈ। মমিৎতগী মপি শিন্থবি খঙজদনা ফম্মাঙদা চপ লেপ্লম্মী। হেমাগা নন্দগা মখোয়গী কাদা মচা লক্লদুনা নোক্লি। নোংগী মনিল পুবা অঙ্গংবা নুংশিৎ থওইদনা উখোক্তেন্দা ঙাবগা মোমোন নোক্তুনা ফম্লিবা পাজো মচা থোইবা চৌগৎলকপা ঙাইরিবনি। পুন্সিদা খ্বাইদগী হরাওজবা নুমিৎ লাক্লে খন্না দাবি মপান্দা লেপ্লিবী থাবল্লে লমহেনবা মচাবু চুপ চানা ৱারক্কেসু খল্লি।

ইরবা





